ওঁ

মণিপুরী

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমহাপ্রভুর্জয়তি )

শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা লেংবা চৈতন্যচরিতামৃত

মূল, শ্লোক, পযা'নদগী, অন্বয়, অনুবাদ, মবক মবক্ত' টীকা

পীদুনা মীতৈলোন্দা

হন্দোকচবা

শ্রীনিংথৌজম তোম্বা সিংহ

বাশিখং, ইম্ফাল।

সংশোধন তৌবা

শ্রীকোংব্রাইলাংপম লালহরি শর্ম্মা

স্মৃতি ব্যাকরণ তীর্থ।

শ্রীপুখাম তোম্বেঞ্জাও সিংহ

লাইরিক হায়বা ওঝা।

শ্রীসনসম গৌরহরি সিংহ

সেক্রেটারী, গভর্ণমেণ্ট অফ মণিপুর।

ফোংজবা
**শ্রীকাবাম চাওভল সিংহ**
যুম্নাম লৈকাই, ইম্ফাল।

কোপী ১০০০
১৯৬৪—১৯৬৫ ইং
লমদা পুর্ণিমা

পাব্লিক ফংফম—
শ্রীনিংঙোম্বম তোম্বা সিংহ
শিংজমৈ মথা বাশিখোং ইম্ফাল।

ছাপা তৌকম:—
**দি গান্ধী মেমোরিয়েল প্রেস**
পাওনা বাজার ইম্ফাল (মণিপুর)।

# "শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত"

## ( ৱাহৌদোক )

লাইরিক অসি আদিলীলা, মধ্যলীলা, অন্ত্যলীলা, অহুম থাকত অহুম অসি শ্রীচৈতন্য প্রভুনা হয় অহুম্না থাগন্দুনা লাইমি, মদুদি পূর্ণ, পূর্ণতর, পূর্ণতম, অহুম অসিনি। সন্ন্যাস তা-দ্রিদ্রৈ শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা পাম্লদে, সন্ন্যাস লৌরগা শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা লেংদনা লৈবদা পূণতব, হক্কং হলা চংবদা খা। মখুন মতম্না মসিনা থীগন্দনা চহি "৪৮" চুপ্পা শান্নবনা লেংবনি। মসিগী মতুংদা মকা-ক্তইনা লমলবা মবাক্কি, ঈশ্বরদগী জগৎ অমসুং মীওইবনচংবা জীৱিশিংগী লোক্রকপগী মশক, চাং-থংতুনা হিংতুনা লৈবগী মবম অমসুং শিবগী মশাক থংনা, থরাই মচ মশাক থংনা থৌরম পুন্নমক্কা য়াবতনবা, ঈশ্বরগী মশক, ঈশ্বরনা অদা পেনবিনবা ভক্তি, ঈশ্বরবু ফংফম, অমসুং রাজনীতি ধর্ম-নীতিনু হায়বিবা পুন্নমকসিবু চৎথান্না শ্রীচৈতন্য প্রভুনা বেদ বদান্তগী শ্রীমদ্ভগবতগী, গীতাগী, পুরাণ পুন্নমক্কী লাইরিক পুন্নমক্কী মক মকওইববু লৌসিন্দনা তাক্লগা থংহন্দুনা জীৱিশিংবু চৎহনববু লেংনা লাইরিকনি। লাইরিক অসি চৈতন্যগী থৌজান্দগী, নৈহাটিগী মনাক্তা ঝামটপুর কৌবা খুন্দা লৈবা শ্রীকৃষ্ণদাস কবিরাজনা বৈষ্ণবশিংগী মাথংদগী শ্রীবৃন্দাবনদা লংবনি। অনুবাদ তৌজবা অসিদা মণিপুর গভর্ণমেন্টনা মতেং পীবিতুনা লাইরিক অসি ছাপা তৌতুনা লোংজবনি। তৌজবিবা অন্বয় অনুবাদ টীকা অসিদা হৈজদবদগী অশোয়বা অবানবা পুন্নমকপু ডাকপীউ, তাম্লবনা মীপুমক্তিংন থুক্নজবি

ইতি -

শ্রীতোম্বা সিংহ

# সূচী পত্র

| হিয়ম | | লমাই |
|---|---|---|
| ৭। | তরেৎশুবা পঁবিঃ শ্রীবাসুদেববু প্রভুনা লানবিববু হায়বা। | ২০৮ |
| ৮। | নিপানশুবা পরিঃ শ্রীরামানন্দগা তিন্নরগা প্রভুনা হরাওববু হায়বা। | ২১৫ |
| ৯। | মাপনশুবা পরিঃ প্রভুনা দক্ষিণ দেশগী তীর্থশিংবু কোইরুবা হায়বা। | ২০৯ |
| ১০। | তরাশুব পবিঃ প্রভুগা বৈষ্ণবশিংগা তিন্নবা হায়বা। | ২৫৬ |
| ১১। | তরামাথোইশুবা পরিঃ শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা বেঢা কীর্ত্তণ তৌববু হায়বা॥ | ২৬৫ |
| ১২। | তরানিথোইশুবা পরিঃ শ্রীগুণ্ডিচাদেবীগী মন্দিরবু সিংতোক-তৈথোকপা সেবাবু হায়বা। | ২৭৭ |
| ১৩। | তরাহুমদোইশুবা পরিঃ কাং তোংলবা শ্রীজগন্নাথগী মাংদা প্রভুনা সংকীর্ত্তণগা লোইন্নবা জগোই শাববু হায়বা। | ২৮৬ |
| ১৪। | তরামরীশুবা পবিঃ প্রভুনা হোরাপঞ্চমী যাত্রাবু য়েংলগা, ব্রজগোপীশিংগী 'রস' চুপ্পবু হায়বা। | ২৯৭ |
| ১৫। | তরামঙাশুবা পরিঃ শ্রীসার্ব্বভৌমগী মযুমদা প্রসাদিবু ফংবদা, প্রভুবু থিনা নোক্লরবা, শিরবা অমোঘবু প্রভুনা হিংহন্দুনা লানবিবু হায়বা। | ৩১১ |
| ১৬। | তরাতরুকশুবা পরিঃ গৌড়দেশদা চৎতুনা শাল্লরুরগা হল্লকতুনা ক্ষেত্রদ য়ৌরকপবু হায়বা। | ৩২৫ |
| ১৭। | তরাতরেৎশুবা পরিঃ প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদা চৎপা হায়বা। | ৩৩৬ |
| ১৮। | তরানিপানশুবা পরিঃ প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদু য়েংলুরগা হন্দোক্লকতুনা ত্রিবেণী প্রয়াগতা লাকপবু হায়বা। | ৩৪৯ |

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুর্জয়তি )

## আদিলীলা।

### প্রথম পরিচ্ছেদ।

বন্দে গুরূনীশভক্তানীশমীশাবতারকান্। তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণচৈতন্যসংজ্ঞকম্॥ ১॥

বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ। গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ॥ ২॥

যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা, য আত্মান্তর্যামী পুরুষ ইতি সোঽস্যাংশবিভবঃ।
ষড়ৈশ্বর্যৈঃ পূর্ণো য ইহ ভগবান্ স স্বয়ময়ম্ ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পরতত্ত্বং পরমিহ॥ ৩॥

---

**অন্বয়ঃ** ।—গুরূন্—গুরূশিংবু, ঈশভক্তান্—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংবু তৎপ্রকাশান—শ্রীকৃষ্ণগী ফোংতোকপা প্রকাশশিংবু, ঈশাবতারকান্—শ্রীকৃষ্ণগী তৌরকপা অবতারশিংবু, তচ্ছক্তী—শ্রীকৃষ্ণগী ওইরকপা শক্তিশিংবু, চ—লেপনা, কৃষ্ণচৈতন্য সংজ্ঞকম্-শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা, ঈশং—শ্রীকৃষ্ণবু, বন্দে—কৃষ্ণদাস ঐনা খুরুমজরী। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ** ।—গৌড়োদয়ে—থোকফমচিং গৌড দেশদা, সহোদিতৌ—পুন্না থোকমিন্নরবা, শন্দৌ—অফবা পিবা, তমোনুদৌ—মমথবা অমম্বু কোকহনবা, চিত্রৌ—অঙকপা, পুষ্পবন্তৌ—নুমিৎ থা ওইবিবা, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য নিত্যানন্দৌ—শ্রীগৌরনিত্যানন্দ অনিবু, বন্দে—ঐনা খুরুমজরী। ইতি ॥ ২॥

**অন্বয়ঃ** ।—উপনিষদি-বেদ উপনিষত্তা, যৎ—মাবু অদ্বৈতং অনি শুদবা, ব্রহ্ম—ব্রহ্ম কৌবা, তদপি—মাহাকপুস্থ, অস্য—শ্রীচৈতন্যগী, তনুভা—হকচাংগী মঙাল্লি, যঃ মানা, আত্মাঅন্তর্যামী-পুরুষঃ ইতি—অন্তুম্না আত্মা অন্তর্যামী-পুরুষ কৌবা, সঃ—মানা, অস্য—শ্রীচৈতন্যগী, অংশবিভব—অংশনি ( হন্থনা ওইবনি ) ইহ—অরেপ্পা খলবদা, যঃ—মানা, ষড়ৈশ্বর্যৈঃ-তৌবা ভমথোকপা তকক্লা, পূর্ণঃ—থল্লবা, ভগবাণ-শ্রীভগবান্দো শ্রীচৈতন্যগী বিলাসনি, সঃ—মানা, স্বয়ং—মতোমঙনা ওইবা, শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংদো, অয়ম্—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনি, ইহ-জগতি—জগৎ অসিদা, চৈতন্যকৃষ্ণাৎ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদগী, পরম্—অতোপ্পা, পরতত্ত্বং—অথোইব অবেপ্পা তত্ত্ব অমা, ন—লৈতে। ইতি ॥ ৩॥

---

**অনুবাদঃ** ।—হরিনাম দীক্ষামন্ত্র গায়ত্রী পীরিবা দীক্ষা গুরু। মরোন্ ভস্বীহুনা প্রেমভক্তি নাম-মন্ত্র-গায়ত্রীনা পেনবীনবা শ্রীকৃষ্ণদা থোগনহনবা শিক্ষা গুরু। দীক্ষা তৌহনবা শ্রবন্ গুরু। পুম্নমকসিবু, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই শ্রীবাসনচিংববু, শ্রীকৃষ্ণগী ফোংতোকপা শ্রীনিত্যানন্দনচিংববু শ্রীকৃষ্ণগী তৌরকপা অবতার শ্রীঅদ্বৈতনচিংববু, শ্রীকৃষ্ণগী ওইরকপা শক্তি শ্রীগদাধরনচিংববু, লেপ্পা শ্রীকৃষ্ণবু জীবশিংদা শুংশিহল্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা, শ্রীকৃষ্ণবু, ঐনা খুরুমজরী। ইতি ॥ ১॥

**অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।**
**হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিত সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ ॥ ৪ ॥**
**রাধাকৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতির্হ্লাদিনী শক্তিরস্মাদেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহভেদং গতৌ তৌ।**
**চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতং নৌমিকৃষ্ণস্বরূপম্ ॥ ৫ ॥**

---

**অন্বয় ঃ**।—চিরাৎ—কুইনা, অনর্পিতচরীং—শ্রীব্রজগোপী নত্তনা হান্না সুকপি পিথিদ্রিবা, উন্নতোজ্জ্বলরসাং—থোইদোক্লবী লুববী মধুররসনা মশক ওইবা, স্বভক্তিশ্রিয়ং—মাহাক্কী রাগানুগা প্রেম ভক্তিবু, সমর্পয়িতুং- পীবিগে হায়বগীদমক্তা, কলৌ—কলিদা, করুণয়া—থোজানবীত্থনা, অবতীর্ণঃ—পোক্লরবা. পুরটসুন্দর দ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ—যুদোংবা স্নাদগী হেনবা মঙান ময়ামনা ফজরবা কুচুনা, নাপু ওইবা, শচীনন্দনঃ হরিঃ—শ্রীশচীগী মচা নোংশানা, সদা—মতম নৈবা থিবিক্তা, বঃ—নথোই থিখিকী, হৃদয়কন্দরে—থম্মোইলোক্তা. স্ফুরতু—ফাউবিরসনু। ইতি ॥ ৪ ॥

**অন্বয় :**।—রাধা—শ্রীরাধানা, কৃষ্ণপ্রনয়বিকৃতিঃ—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা ওইবা মশক, হ্লাদিনী শক্তিঃ—হ্লাদিনী কৌবী শক্তিনি, অস্মাৎ -মবম অসিদগী, তৌ—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা, একাত্মানৌ অপি—মশা অমত্তা ওইতুনসু, ভুবি—শ্রীবৃন্দাবন্দা, পুরা—দ্বাপরদা, দেহভেদং—তোঙান তোঙানববু, গতৌ—ফংথি, শ্রীরাধা কৃষ্ণ হায়না তোঙান তোঙান পোকথি, অধুনা—হৌজিক্ কলিদা, তদ্দ্বয়ঞ্চ—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা অমুক হন্না, ঐক্যং—অমত্তা ওইববু, আপ্তং—ফংঙবরবা পুশিনথরবা, রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতম্—শ্রীরাধাগী পুকচেন মঙান মশকনা তিল্লবা, প্রকটং—পোক্কনা ফোংতোকলবা, চৈতন্যাখ্যং—শ্রীচৈতন্য কৌবা কৃষ্ণস্বরূপং—শ্রীকৃষ্ণমকপু, নৌমি—ঐনা খুকমজে। ইতি ॥ ৫ ॥

---

**অনুবাদ :**।—থোকক্কম চিং গৌড় দেশদা পুলপ পুন্না থোকমিন্নরবা অঙকপা, কত্তবা অমম্বু কোকপীবা, অফবা পীবিবা সুমিৎ থা ওইরিবা শ্রীগৌরাঙ্গ শ্রীনিত্যানন্দ অনিবু ঐনা খুকমজরী। ইতি ॥২॥

**অনুবাদ** ঃ।—বেদউপনিষত্তা মাবু অনিশুদবা ব্রহ্ম কৌবা, মাহাকপুসু শ্রীচৈতন্যগী হকচাংগী মঙাল্নি। মানা পবম আত্মা অন্তর্যামী পুরুষ কৌব মানা, শ্রীচৈতন্যগী অংশ (হম্বব) গী মশক্নি, অবেপ্পা খলবদা, মানা তৌবা ভমথোকপা তরুক্লা থল্লবা ভগবান্দো শ্রীচৈতন্যগী বিলাসনি। মতোমত্তনা ওইরবা শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্দো শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনি, জগৎ সংসার অসিদা শ্রীচৈতন্যদগী অতোপ্পা অথোইবা অরেপ্পা তত্ত্ব অমা লৈতে, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রভুনা মূল তত্ত্বনি। ইতি ॥৩॥

**অনুবাদ** ঃ।—শ্রীকৃষ্ণনা কুইনা ব্রজগোপী নত্তনা হান্না সুকপী পীথিদ্রিবা, থোইদোকনা লুববী মধুররসনা মশক ওইবা মহাক্কী রাগানুগা প্রেম ভক্তিবু পীবিগে হায়বগীদমক, কলিদা থোজানবীত্থনা পোকলরবা যুদোংবা, স্নাদগী হেনবা মঙান ময়ামনা ফজবা কুচুনা নাপু ওইবা। শ্রীশচীগী মচা নোংশানা মতম পুম্নমক্তা নথোইগী থম্মোইলোক্তা ফাউবিরসনু। ইতি ॥৪।

শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবাস্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতিলোভাত্তদ্ভাবাঢ্য সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দু : ॥৬॥

সঙ্কর্ষণ. কারণতোয়শায়ী গর্ভোদশায়ী চ পয়োব্ধিশায়ী।
শেষশ্চ যস্যাংশকলা. স নিত্যানন্দাখ্যরাম: শরণং মমাস্ত ॥ ৭ ॥
মায়াতীতে ব্যাপি বৈকুণ্ঠলোকে পূর্ণৈশ্বর্য্যে শ্রীচতুর্ব্যূহমধ্যে।
রূপং যস্যোদ্ভাতি সঙ্কর্ষণাখ্যং তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৮ ॥

**অন্বয়** : ।—শ্রীরাধায়াঃ - শ্রীরাধাগী, প্রনয়মহিমা—মুংশিবগী মতিক্তো, কীদৃশোবা—করম তৌরি-গবা, যেন—মুংশিবছুনা. অনয়াএব—লেপ্পা শ্রীরাধাতনা, মদীয়ঃ - ঐগী, অদ্ভুত মধুরিমা—অঙকপা মীপুক হুবা রসদো, আস্বাদ্যঃ – চাবিবদো, কীদৃশঃবা—করম্ তৌরিগবা, চ—হন্না মদনুভবতঃ—ঐবু ফংবদগী, অস্যাঃ - শ্রীরাধাগী, সৌখ্যং—মুংঙাইবদো, কীদৃশংবা—করম তৌবিগবা, ইতি—অহুমসিবু, লোভাৎ—পাম্বদগী, তদ্ভাবাঢ্যঃ শ্রীরাধাগী পুকচেন অমস্তুং মশক্লা তিন্দুনা, শচীগর্ভোসিন্ধৌ—শ্রীশচীগর্ভসমুদ্রদা, হরি-ইন্দুঃ --শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা, সমজনি - পোকখি। ইতি ।৬॥

**অন্বয়** : —সঙ্কর্ষণঃ—পরব্যোমদা সঙ্কর্ষণ কৌবা, কারণতোয়শায়ী—বিরজাদা মহাবিষ্ণু কৌবা, গর্ভো-দয়শায়ী – ব্রহ্মাণ্ডগী মমুংদা অনিস্তুবা পুরুষ কৌবা, পয়োব্ধি শায়ী ক্ষীরসমুদ্রদা শ্রীবিষ্ণু কৌবা, চ—অমস্তুং, শেষঃ—অনন্ত কৌবা, এতে—হায়বিবা মথোই মরি অসিনা, যস্য—শ্রীবলরামগী, অংশকালাঃ — হন্থবা মথং হন্থবা মশকনা ওইবনি, সঃ—শ্রীবলরামনা পোকলবা, নিত্যানন্দরামঃ—শ্রীনিত্যানন্দরামনা, মম- -ঐগী, শরণং অস্ত - চংজফম ওইবিসনু। ইতি ॥ ৭॥

**অন্বয়** : ।—মায়াতীতে—মায়াপক্লবা, ব্যাপিবৈকুণ্ঠ লোকে - শিনবা থুংবা বৈকুণ্ঠদা, পূর্ণৈশ্বর্য্যে — তৌবা ঙমথোকপা তরুকনা থল্লবা, শ্রীচতুর্ব্যূহমধ্যে--ব্যূহ মরিগী মরক্তা, যস্য—শ্রীবলরামগী, রূপং—বিলাসগী মশক্লা, সঙ্কর্ষণাখ্যং শ্রীসঙ্কর্ষণ কৌহুনা, উদ্ভাতি - ডান্দুনা লৈ, তং শ্রীনিত্যানন্দরামঃ—শ্রীনিত্যা-নন্দরামবু, প্রপদ্যে-ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ৮ ॥

---

**অনুবাদ** : ।—শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী প্রেমগী মশক ওইবী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিনি। মরম অসিদগী শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা মশা অমত্তা ওইহুনসু শ্রীবৃন্দাবন্দা দ্বাপরদা রাধা কৃষ্ণ অনি ওইহুনা তোঙান-তোঙাননা পোকখি , হৌজিক কলিদা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা অমুক হন্না অমত্তা ওইনা পুনম্লপ পুনশিন্-লবা শ্রীরাধাগী পুকচেল কুচু-মশকনা তিল্লবা, পোক্লনা ফোংদোকল্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা শ্রীকৃষ্ণমকপু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥ ৫ ॥

**অনুবাদ** : । শ্রীরাধাগী কৃষ্ণ ঐবু মুংশিবনা করম্ তৌরিগবা। মুংশিবতনা ঐগী অঙকপা মীপুক হুবা রসবু শ্রীরাধানা চাবিবদো করম তৌরিগবা, মুংশিবতনা খুত্তম্ চন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংবদগী শ্রীরাধাগী মুংঙাইবা অপেনবদো করম তৌবিগবা। অহুম অসিবু ফংনিংবদগী শ্রীরাধাগী পুকচেন-কুচুমশক লৌহুনা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা থা ওইহুনা শচীগী গর্ভসমুদ্রদা পোকখি। শ্রী:গৌরচন্দ্র কৌখি। ইতি ॥ ৬॥

মায়াভর্ত্তাজাণ্ডসঙ্ঘাশ্রয়াঙ্গঃ শেতে সাক্ষাৎ কারণাম্ভোধিমধ্যে।
যস্যৈকাংশ শ্রীপুমানাদিদেবস্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৯॥
যস্যাংশাংশ শ্রীল গর্ভোদশায়ী যন্নাভ্যব্জং লোকসংঘাতনালম্।
লোকস্রষ্টু সূতিকাধাম ধাতুস্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১০॥
যস্যাংশাংশাংশঃ পরাত্মাখিলানাং পোষ্টা বিষ্ণুর্ভাতি দুগ্ধাব্ধিশায়ী।
ক্ষৌণীভর্ত্তা যৎকলা সোঽপ্যনন্তস্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ১১॥

---

**অন্বয়ঃ**।—অজাণ্ডসঙ্ঘাশ্রয়াঙ্গঃ—ব্রহ্মাণ্ড ময়ামগী খোকফম চংজফম ওইদুনা লৈবা, সাক্ষাৎ—সংসংনা, মায়াভর্ত্তা—মায়াগী মবুংঙো ওইবা, কারণাম্ভোধিমধ্যে—বিরজাদা, শেতে—চেপলিবা, আদিদেবঃ—অহান্‌বা অৱতার তৌবা, শ্রীপুমান্—প্রথম পুরুষ কৌবা সেই—মাদো, যস্য—শ্রীবলরামগী, একাংশঃ—অংশ অমনি, তং—অদুগুম্বা, শ্রীনিত্যানন্দরামং—শ্রীনিত্যানন্দরামবু, প্রপদ্যে—ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ৯।

**অন্বয়ঃ**।—লোকসংঘাতনালম্—মরোন তবা মরিগী লৈফমনা মথোক ওইবা, যন্নাভ্যব্জং—মাগী খোইদৌদা শাংপা থম্বান্না, লোকস্রষ্টুঃ ধাতুঃ—জগৎ শেম্বা ব্রহ্মাগী, সূতিকাধাম—পোকফম ওইবা, শ্রীগর্ভোদশায়ী—অনিশুবা অবতার দ্বীতীয় পুরুষদো, যস্য—শ্রীবলরামগী, অংশ-অংশঃ অংশগী অংশনি, তং—বামনা পোকপা, নিত্যানন্দরামং—শ্রীনিত্যানন্দরামবু, প্রপদ্যে—ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ১০।

**অন্বয়ঃ**।—অখিলানাং—অয়াম্বা জীবগী, পরমাত্মা—পরমাত্মা ওইবা, পোষ্টা—জীব পুম্নমকপু যোকপা, দুগ্ধাব্ধিশায়ী—ক্ষীরসমুদ্রদা চেপ্পা, বিষ্ণুঃ—শ্রীবিষ্ণু কৌবদো, যস্য—শ্রীবলরামগী, অংশাংশাংশ—হস্তবগী মথং হস্তবগী হস্তবনা ওইবনি, মদুনা, ভাতি—ভাল্লি, ক্ষৌণীভর্ত্তা—পৃথিবীগী মপু, শেষঅপি—অনন্ত কৌবা অদুসু, যৎকালা—শ্রীবলরামগী অংশগী কালানি, তং—অদুগুম্বা, শ্রীনিত্যানন্দরামং—শ্রীনিত্যানন্দরামবু, প্রপদ্যে—ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ১১॥

---

**অনুবাদঃ**।—পরব্যোমদা সঙ্কর্ষণ কৌবা, বিরজাদা মহাবিষ্ণু-প্রথমপুরুষ কৌবা ব্রহ্মাণ্ড মনুংদা দ্বীতিয় পুরুষ কৌবা, ক্ষীরসমুদ্রদা তৃতীয় পুরুষ শ্রীবিষ্ণু কৌবা অমসুং শেষ-অনন্ত কৌবা, মথোই মরি অসিন শ্রীবলরামগী অংশ, কালানা ওইবনি। শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যানন্দরামনা ঐগী চংজফম ওইবিযু। ইতি ॥ ৭॥

**অনুবাদঃ**।—মায়া পক্রবা শিনবা-থুংবা বৈকুণ্ঠদা, তৌবা চমথোকপা তকক্‌না থল্লবা ব্যূহ মরিগী মরক্ত শ্রীবলরামগী বিলাসগী মশক্রা শ্রীসঙ্কর্ষণ কৌদুনা ভান্দুনা লৈ, অদুগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দরামবু ঐনা চংজৈ। ইতি॥৮॥

**অনুবাদঃ**।—ব্রহ্মাণ্ড ময়ামগী খোকফম চংজফম ওইদুনা লৈবা, সংসংনা মায়াগী মবুংঙো ওইব বিরজাদা চেপলিবা অহানবা অবতার তৌবা, প্রথম পুরুষ কৌবা মাদো শ্রীবলরামগী অংশ অমনা ওইবনি অদুগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দরামবু ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ৯॥

**অনুবাদঃ**।—মরোন তবা মরিগী লৈফমনা মথোক্ ওইবা থম্বান্না মাগী খোইদৌদগী শাংপ জগৎ শেম্বা ব্রহ্মাগী পোকফম ওইবা অনিশুবা পুরুষদো শ্রীবলরামগী হস্তবগী হস্তবনি অদুগুম্বা বলরামন পোকপা শ্রীনিত্যানন্দবু ঐনা চংজৈ। ইতি ॥১০॥

মহাবিষ্ণুর্জগৎকর্ত্তা মায়য়া যঃ সৃজত্যদঃ। তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্য ঈশ্বরঃ ॥১২॥
অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তিশংসনাৎ। ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে ॥১৩॥
পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপস্বরূপকম্। ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্ত শক্তিকম্ ॥১৪॥
জয়তাং সুরতৌ পঙ্গোর্মম মন্দমতের্গতী। মৎসর্ব্বস্ব-পদাম্ভোজৌ রাধামদনমোহনৌ ॥১৫॥

---

**অন্বয় :**।—জগৎকার্ত্তা—জগৎ শেম্বা, মহাবিষ্ণু—মহাবিষ্ণু কৌবা যঃ—মানা, ময়ায়া—মাযাগা লোইননা, অদঃ—জগৎ ব্রহ্মাণ্ডবু, সৃজতি-শেম্বা, তস্য—শ্রীমহাবিষ্ণুগী, অবতারঃ তৌরকপা অবতারনি, এব—লেপনা, অদ্বৈতাচার্য্য—অদ্বৈতআচার্য্য কৌবা, অয়ং—মসিনা, ঈশ্বরঃ ঈশ্বরনি ইতি ॥ ১২ ॥

**অন্বয় :**।—হরিণাৎ—হরিদগী, অদ্বৈতাৎ—তোপ্তবদগী, অদ্বৈতম্—অদ্বৈত কৌই, ভক্তিশংসনাৎ—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি তাকপীবদগী, আচার্য্যং—ভক্তিগী গুরুনি হায়রুনা আচার্য্য কৌই, ভক্তাবতারং—অবতারনা, ভক্ত ওইবদগী ভক্ত অবতার কৌই, ঈশং—ঈশ্বর ওইবা, তং—অদুগুম্বা, অদ্বৈতাচার্য্যং—অদ্বৈত অমসুং আচার্য্য মিং অনি অসিনা পুল্লবা অদ্বৈতাচার্য্যবু, আশ্রয়ে—ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ১৩ ॥

**অন্বয় :**—ভক্তরূপ—শ্রীচৈতন্য, ভক্তস্বরূপকং—শ্রীনিত্যানন্দ, ভক্তাবতারং—শ্রীঅদ্বৈত, ভক্তাখ্যং—শ্রীবাসপণ্ডিত, ভক্তশক্তিকং শ্রীগদাধর, পঞ্চতত্ত্বাত্মকং—তত্ত্ব মঙাসিগী মশক্, কৃষ্ণং—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, নমামি—ঐনা খুরুম্জরি। ইতি ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় :**।—পঙ্গো—খোংতেকপা, মন্দমতে—পুক্ফত্তবা, মম—ঐগী, গতী—পাঙ্গল ওইবা, মৎসর্ব্বস্ব-পদাম্ভোজৌ—চরন থম্বাল্ অনিনা ঐগী থমোইগী অয়াম্বা ইরন ওইবা, সুরতৌ—থৌজান্‌বিহেববা, রাধা মদন্ মোহনৌ—শ্রীরাধা মদন মোহন অনিনা, জয়তাং—জয় ওইবসনু খুরুমজরি। ইতি ॥ ১৫ ॥

---

**অনুবাদ :**।—অযাম্বা জীবগী পরমাত্মা ওইবা, জীব পুম্নমকপু যেংকপা, ক্ষীর সমুদ্রদা চম্বা শ্রীবিষ্ণু কৌবদো শ্রীবলরামগী অংশগী অংশ অদুগী অংশনা ওইবনি। ওইবরুনা ডাল্লিবা পৃথিবীগী মপু শেষ অনন্ত কৌবদো, অদুস্ত শ্রীবলরামগী অংশগী অংশকালানি অদুগুম্বা শ্রীবলরামনা পোকপ, শ্রীনিত্যানন্দ-রামবু ঐনা চংজৈ। ইতি ॥ ১১ ॥

**অনুবাদ :**।—জগৎ ব্রহ্মাণ্ড শেম্বা মহাবিষ্ণু কৌবা মানা, মাযাগা লোইননা জগৎব্রহ্মাণ্ডবু শেম্বা, শ্রীমহাবিষ্ণুগী তৌরকপা অংতারমকনি, শ্রীঅদ্বৈআচার্য্য কৌবনা ঈশ্বরমকনি। ইতি ॥ ১২ ॥

**অনুবাদ :**।—শ্রীহরিদগী তোপ্তবদগী অদ্বৈত কৌই, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু তাকপীবদগী ভক্তিগী গুরুনি হায়রুনা আচার্য্য কৌই। অহানবা অবতার, মহাবিষ্ণুনা ভক্ত ওইনা পোকপা ভক্ত অবতারনি, ঈশ্বর ওইবা অদুগুম্বা অদ্বৈত-অমসুং আচার্য্য মমিং অনিনা পুল্লবা অদ্বৈতাচার্য্য কৌববু ঐনা চংজৈ। ইতি ॥১৩॥

**অনুবাদ :**।—শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ংনা পোকপা ভক্তরূপ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনি, ভক্তরূপতত্ত্বনি। শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যানন্দনা ভক্তস্বরূপ তত্ত্বনি। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনা শ্রীমহাবিষ্ণু অবতারনা পোকপা ভক্ত অবতার তত্ত্বনি। শ্রীনারদ ভক্তনা পোকপা শ্রীবাসনা ভক্ত তত্ত্বনি। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনা পোকপা শ্রীগদাধরনা ভক্ত শক্তি তত্ত্বনি। ( তত্ত্ব—অরেপ্পা ) মঙা অসিগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঐনা খুরুম্জরি। ( হায়রিবা মঙাসি পঞ্চ তত্ত্বনি ) ইতি ॥ ১৪ ॥

দিব্যদ্বৃন্দারণ্যকল্পদ্রুমাধঃ শ্রীমদ্রত্নাগারসিংহাসনস্থৌ।
শ্রীমদ্রাধা-শ্রীল-গোবিন্দদেবৌ প্রেষ্ঠালীভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি ॥১৬॥
শ্রীমান্‌রাসরসারম্ভী বংশীবটতটস্থিতঃ। কর্ষন্ বেণুস্বনৈর্গোপীর্গোপীনাথঃ শ্রিয়েঽস্তু নঃ ॥১৭॥

---

**অন্বয় :—** দীব্যদ্‌বৃন্দারণ্য-কল্পদ্রুমাধঃ—য়াম্‌না নিংথিরবা লুরবা শ্রীবৃন্দবনগী কল্পবৃক্ষগী মখাদা লৈবা, শ্রীমদ্রত্নাগারসিংহাসনস্থৌ— নিংথিরবা বত্নগী, মন্দিরগী, মনুংদা সিংহাসনদা পুন্না লৈবা, প্রেষ্ঠালিভিঃ — চান্নরবী সখি মঞ্জুরীশিংনা, সেব্য মানৌ—সেবা তৌরিবা, শ্রীমদ্রাধা শ্রীলগোবিন্দদেবৌ—শ্রীরাধা গোবিন্দবু, স্মরামি—ঐনা নিংশিংজরি। ইতি ॥ ১৬ ॥

**অন্বয় :।**—বেনুস্বনৈঃ - মিরবা বেন্নুগী খোঞ্জেল্না, গোপীঃ—গোপীশিংবু, কর্ষন্—কৌরবা, বংশীবট-তটস্থিতঃ—বংশীবট মখোংদা লৈবা, বসবাসাবম্ভী—রসগীদমক রাসবু হৌরবা, শ্রীমান্—প্রেম্ ভক্তি বসনা তিল্লবা, গোপীনাথঃ—শ্রীগোপীনাথনা, নঃ - ঐখোয়বু, শ্রিয়ে—প্রেম্ ভক্তি পীবিনবগীদমক, অস্তু— ওইবিসনু, পীবিসনু। ইতি ॥ ১৭॥

---

**অনুবাদ :।**—ইগোং তক্‌পা ইবুক্তু ফত্তবা ঐগী পাঙ্গল্ ওইবা, চরণ থম্বান্ অনিনা ঐগী অয়াম্বা থমোইগী ইবন্ ওইবা খোজান্‌বিহৈববা শ্রীরাধা মদনমোহন্ অনিনা জয় ওইরসনু ঐনা খুরুম্‌জবি। ইতি ॥১৫॥

**অনুবাদ ঃ।**—শ্রীসখি মঞ্জুরী নিপান্‌না মাইকৈ নিপান্দা, কুঞ্জ নিপান্দা লৈদুনা কোইনা সেবা খোগল্লবা। মনা লিশিং অমা পান্‌বা থম্বান্‌গী মশক্ ওইবা, চিন্ময় শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রদ্ধানা চাংজৌ ওইবা ভক্তি যমুনানা কোন্‌বী, প্রেম্‌কল্পবৃক্ষগী মখোংদা (মখাদা) ভাব-মনি মন্দিবগী মনুংদা রাগ বুদ্ধিনা ফজহল্লবা, মন্ অমসুং প্রাণ-আত্মানচিংবনা কেইবা চুখোক্ তকক্ ওইবা বত্ন সিংহাসনগী (বত্ন শয্যাগী) মথক্তা, প্রেম্-আনন্দ-রস অহুম্‌না চুথেক্ অহুম্ ওইদুনা কেইবা, অনুবাগনা মচু ডাংলৈনবা, ময়োন্দা পিরীতিনা রঞ্জিত ওইবা লৈগী মোন্‌পাক্, মোন্‌চেপ মথক্তা (বীজ) কোন্নবা মন্ত্র-গায়ত্রী হরিনাম্‌গী মশক্ ওইবা (কালা—মণিকা) শুদ্ধরত্ন. হীরোদ্দক, মচু অহুম্না পুলপ পূল্লবা রসনা রঞ্জিত ওইবা শ্রীরাধা কৃষ্ণবু বীজ কোন্নবা মন্ত্র গায়ত্রী হরিনাম্‌না পেন্‌বীনবগীদমক্ খোগন্‌থরবগী মতুং ইন্না শ্রীগুরুগী কৃপাদগী পেন্‌বীনবগী-দমক্ থরাই, হকচাং, আত্মা, পুন্না সিদ্ধনা সিদ্ধিদা খোগনজববু ফংজগে হায়না ঐনা নিংশিংজরি। ইতি ॥১৭॥

**অনুবাদ ।**—মিববা বেন্নুগী খোঞ্জেল্না গোপীশিংবু কৌববা বংশীবট মখোংদা লৈবা রসগীদমক্ রাসলীলাবু হৌববা, প্রেম্ ভক্তি রসনা তিল্লবা গোপীনাথনা ঐখোয়বু প্রেম্ ভক্তিবু পীবিবসনু অসুম্না খোজান্‌বীবসনু। ইতি ॥ ১৭ ॥

---

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ শ্রীগৌবভক্ত পুম্নমকপু খুরুমজৈ ।১।। শ্রীরাধামদনমোহন্ শ্রীরাধাগোবিন্দ শ্রীরাধাগোপীনাথ ইবুঙো অহুম্মকনা চৈতন্যগী তুং-ইন্না রস চাজরববু মনাই ওইবী। অহুমনা ঐগী ইবুঙোনি অহুম্মকী শ্রীচরন্দা খুরুমজরি ।। ২ ।।

অহৌবদা লাইবিকী মঙ্গলাচরণবু (ফনববু) তৌজরি। মতুদি শ্রীগুরু-বৈষ্ণব-কৃষ্ণ অহুম্মকী শ্রীচরণবু ঐনা নিংশিংজরি ॥৩॥ অহুম্মকপু নিংশিংজবদা অকাইবা পুম্নমকপু মাংথরগনি। অরাবা লৈতনা ঐগী অপাম্ববু থুংজরগনি অসিমঙ্গলাচরণনি ॥৪॥ মঙ্গলাচরণ মথম্ অহুমখোকনা তৌজরী। মতুদি বস্তুনির্দ্দেশ

**বন্দে গুরূনীশভক্তানীশমীশাবতারকান্। তৎপ্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণচৈতন্যসংজ্ঞকম্ ॥*॥**

(অরেপ্পা মশক্ তাকপা) আশীর্ব্বাদ (ফহন্-নিংবা) নমস্কার (পেন্‌বীনবা খুকম্‌বা) অসিনি ॥৫॥ অহানবা শ্লোক অনিদা ইষ্টদেববু (মন্ত্রগুরুবু) খুকম্‌জৈ। খুরুম্‌বসি সামান্যরূপ (অপুনবা মশক) বিশেষরূপ (থোইদোকৃপা মশক্) অনিথোকৃনা খুকম্‌জরি ॥৬॥ অহুম্‌শুবা শ্লোকা অবেপ্পা মশকপু তাকৃলি। তাকৃলিবা অহুদগী অবেপ্পা মশক্ থংগনি ॥৭॥ মরিশুবা শ্লোকা অবেপ্পবু জগৎ পুম্নমক্তা পামহল্লি। পুম্নমক্তা শ্রীচৈতন্যগী থৌজান্‌বীববু নিহল্লি ॥ ৮ ॥ মরিশুবা শ্লোক্ত শ্রীগোরাঙ্গগী মপান্‌গী মবমস্থু তাকৃলি। মঙাশুবা তকবৃশুবা শ্লোক অনিদা শ্রীচৈতন্যগী ওইরকফম মকুদো হাযবী ॥ ৯ ॥ হায়বীবা শ্লোক তকক্তা চৈতন্যগী অবেপ্পা মশক্ হায়বী। অতোপ্পা শ্লোক মঙাদা শ্রীনিত্যানন্দগী মতিক্, অবেপ্পা মশক্ হায়বী ॥১০॥ অমদি শ্লোক অনিদা শ্রীঅদ্বৈতগী অবেপ্পা মশক্ হায়বী। অমদি শ্লোক অমদা পঞ্চতত্ত্বগী অবেপ্পা মশক্ মঙাগী) মশক্ অবেপ্পদো হায়বী ॥১১॥ হায়রিবা শ্লোক তরা মরিদা মঙ্গলাচরণবু তৌজরি। শ্লোক তরা মরিদা অয়াম্বা অবেপ্পা মশকপু হায়রী ॥১২॥ তারিবিবা বৈষ্ণব পুম্নমকপু ঐনা খুকম্‌জরী। শ্লোক তরামরিনা হায়রিবদো মথাদা ফোংদোকৃচরি ॥১৩॥ বৈষ্ণবশিংনা য়ামনা পুক্লিং চংনা তাবিযু হায়জরী। শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনি শ্রীভাগবত্তা হায়বী ॥১৪॥ শ্রীকৃষ্ণ গুরু-ভক্ত, শক্তি, অবতার, প্রকাশ হায়রীবা। তরুক অসি শ্রীকৃষ্ণনা ওইথোক্তুনা লীলাবু শাম্নরি ॥১৫॥ পুন্‌না শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা অবেপ্পা মশক্ তরুক্কী চরন্দা কৃষ্ণদাস ঐনা খুকমজৈ। মথাসিদা ইহান্ হান্‌বদা অপুন্‌ববু থুকুম্বা মঙ্গলাচরন্ শ্লোক্কী অপুন্‌বা মশক্ অরেপ্পদো হায়জরি ॥ ১৬ ॥

(*) (শ্লোক্কী, আঃ। ১।১। শ্লোক্তা য়েংউ)

শ্রবন্ গুরু, দীক্ষা গুরু, শিক্ষা গুরু, অয়াম্বা গুরু-শিংনা থৌজান্‌বিযু হায়না মখোয়গী চরন্দা অহান্‌বদা ঐনা খুরুমজরি ॥ ১৭ ॥ মথুদি শ্রীরূপ, সনাতন্, শ্রীভট্টরঘুনাথ কৌবা। শ্রীজীব, শ্রীগোপাল্ ভট্ট, শ্রীরঘুনাথদাস, কৌবা ॥ ১৮ ॥ হায়রিবা তরুক্ অসিনা ঐগী শিক্ষা গুরুনি। মখোয়গী চরন্দা কোটিরক্ হন্না খুরুম্‌জরী ॥ ১৯ ॥ ভক্তিনা নিংজবা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা মনাই শ্রীবাসনচিংবা, পুম্নমক্কী পাদ পদ্মদা ঐনা লিশিংলক্ খুরুম্‌জরি ॥ ২০ ॥ শ্রীমহাপ্রভুগী অংশনা পোকৃপা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য-নি। মাগী চরণ থম্বান্দা ঐগী থরাই য়াওনা কোটিরক্ খুরুম্‌জৈ ॥ ২১ ॥ শ্রীমহাপ্রভুগী ফোং-তোকৃপা মশক্ শ্রীনিত্যানন্দনি। শ্রীনিত্যানন্দগী পাদপদ্মদা মনাইশিষ্য ঐনা খুরুমজৈ ॥ ২২ ॥ শ্রীগৌরাঙ্গপ্রভুগী ওইথিবা শক্তিগী মশক্ শ্রীগদা-ধরনি। শ্রীগদাধরনচিংবা পুম্নমক্কী চরন্দা ঐনা লিশিংলক্ খুরুম্‌জৈ ॥২৩॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুনা শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংভগবান্‌নি। শ্রীচৈতন্যগী চরণপদ্মদা অতৎ-পা লৈতনা ঐনা খুরুম্‌জরি ॥ ২৪ ॥ অমুক্ হন্না লোইনবশিংগা পুন্না প্রভুবু ঐনা খুরুম্‌জরি। মতুং অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা ওইরীবা মশক তরুক্তা হায়দোক চরি। (মথুদি শ্রীকৃষ্ণ, গুরু, ভক্ত, শক্তি, অব-তার, প্রকাশ, তরুক্ অসিনি) ॥২৫॥ তৌইগুম্বসুং শ্রীনিত্যানন্দনা-কৃষ্ণদাস ঐগী দীক্ষাগুরুনি শ্রীচৈ-তন্যগী মনাইনি। ওইদুনা-মকপু শ্রীগুরুদি শ্রীচৈ-তন্যগী ফোংদোকৃপা মশক্‌নি ॥ ২৬ ॥ শ্রীগুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী মশক্কি শ্রীভাগবত্তা তাকৃলি শ্রীগুরু ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তশিংদা থৌজান্‌বীরি ॥ ২৭ ॥

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।১৭।২৭

আচার্য্যং মাং বিজানীয়ান্নাবমন্যেত কর্হিচিৎ। ন মর্ত্ত্যবুদ্ধ্যাসূয়েত সর্ব্বদেবময়ো গুরুঃ ॥১৮॥

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে—১১।২৯।৬

নৈবোপযন্ত্যপচিতিং কবয়স্তবেশ ব্রহ্মায়ুষাপি কৃতমৃদ্ধমুদঃ স্মরন্তঃ,

যোঽন্তর্বহিস্তনুভৃতামশুভং বিধুন্বন্নাচার্য্যচৈত্ত্যবপুষা স্বগতিং ব্যনক্তি ॥১৯॥

শ্রীমদ্ভাগবতগীতায়াম্ ১০।১০

তেষাং সতত যুক্তানাং ভজতাং প্রীতি পূর্ব্বকম্। দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপযান্তি তে ॥২০॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৯।৩০—৩১। *)

যথা ব্রহ্মণে ভগবান্ স্বয়মুপদিশ্যানুভাবিতবান্।

তথাহি

জ্ঞানং পরমগুহ্যং মে যদ্বিজ্ঞানসমন্বিতম্। সরহস্যং তদঙ্গঞ্চ গৃহাণ গদিতং ময়া ॥২১॥

---

**অন্বয়** :- আচার্য্যং—দীক্ষাগুরুবু, মাং—কৃষ্ণ ঐনি হায়না, বিজানীয়াৎ—খংগনি, কর্হিচিৎ—কবি গুম্বদা নাবমন্যেত—থোওইদফবোই, মর্ত্ত্য বুদ্ধ্যা—মীনি খন্দুনা, ন অসূয়েত—অকায়বা এ ফরোই, যতঃ—মরম অসিদগী, গুরুঃ—শ্রীগুরুদেবদি, সর্ব্বদেব ময়ঃ—লাই পুম্নমক্কী মশক্নি। ইতি ॥ ১৮ ॥

**অন্বয়** :—উদ্ধবনা (হে ঈশ্বর হে কৃষ্ণ।) যঃ—অদুম্বা নংনা, অচার্য্য চৈত্তবপুষা—মপান্দ গুরু থমোইদা অন্তর্যামী অনি অসি ওইদুনা, তনুভৃতাং—দেহ পানবশিংগী, অন্তর্বহি—মনুং অমসুং মপান্দা, অশুভং—ফত্তববু, বিধুন্বন্—কোকহন্দুনা, স্বগতিং—নংগী ফংনবা লম্বীবু, ব্যনক্তি—ফোংদোকই, কবয়ঃ—অথংবা কবিশিংনা, তব—নংগী, কৃতং—তৌবিবা উপকাবরু, স্মরন্তঃ—নিংশিংদুনা, ঋদ্ধমুদঃ—হরাওদুনা, ব্রহ্মায়ুষাপি—ব্রহ্মাগী পুনশিনসু, অপচিতিং—লমন খুম্বরু, নএব উপযন্তি—লেপনা ফংবা ঙমদে। ইতি ॥ ১৯ ॥

**অন্বয়** :—সততযুক্তানাং—অতৈপা নৈতনা, প্রীতিপূর্ব্বকং—অপেনবনা মাংওইননা, ভজতাং—ঐবু নিংবা, তেষাং—মখোইগী, তংবুদ্ধিযোগং—অদুগুম্বা ঐবু ফংনবা প্রেমভক্তিবু, দদামি—ঐনা পি, যেন্—পিবদুনা, তে—মখোইনা, মাং—ঐবু উপয়ন্তি—ফংই। ইতি ॥ ২০ ॥

**অন্বয়** : যথা—অদুগুম্না, ভগবান—শ্রীনারায়ণনা, ব্রহ্মানউপদিশ্য—ব্রহ্মাদ তাকপদুনা, স্বয়ং অনু-ভাবিতবান—মহাকমকপু থংহনখি। ইতি

**অন্বয়** :।—বিজ্ঞানসমন্বিতং-খংবনা তিল্লবা, পরম গুহ্যং—থোইদোকনা থুপলবা, যৎ—অদুগুম্বা, মে—ঐগী, জ্ঞানং—খংববু, ময়া—ঐনা, গদিতং হায়বদো, সরহস্যম্—অথুপ্পা ভক্তিগা লোইননা, তদঙ্গঞ্চ—ভক্তিগী শ্রবন কীর্ত্তনচিংবা অঙ্গবুসু, গৃহান্-নংনা লৌ, থংউ। ইতি ॥ ২১ ॥

---

**অনুবাদ** :—দীক্ষাশিক্ষা গুরুবু কৃষ্ণ ঐনি হায়না খংগনি, অদুনা করিগুম্বদা থোওইদফরোই, মীনি খন্দুনা অকায়বা য়েংফবোই। মরম্ অসিদগী লাই পুম্নমক্কী মশক্নি শ্রীকৃষ্ণমক্নি। ॥ ১৮ ॥

শিক্ষা গুরুবু শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি খংগনি, মদুদি। পরমাত্মাসু, অথোইবা ভক্তসু মশক অনিসি শিক্ষাগুরুনি ॥২৮॥

**অনুবাদ** :- উদ্ধবনা হায়—হে কৃষ্ণ। অদুগুম্বা নংনা, মপান্দা গুরু থম্মোইদা অন্তর্যামী অনিসি ওই-দুনা দেহ পানবশিংগী মনুং মপান্দা ফত্তবরু কোকহন্দুনা নংগী ফংনবা লম্বীবু ফোংদোকই তাকদুনা নংবু

যাবানহং যথাভাবো যদ্রূপগুণকর্ম্মকঃ। তথৈব তত্ত্ববিজ্ঞানমস্তু তে মদনুগ্রহাৎ ॥২২।

শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৯।৩২

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যৎ যৎ সদসৎপরং। পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহং ॥২৩॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৯।৩৩

ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি। তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথাভাসো যথা তমঃ ॥২৪॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৯।৩৪

যথা মহান্তি ভূতানি ভূতেষূচ্চাবচেষ্বনু। প্রবিষ্টান্যপ্রবিষ্টানি তথা তেষু নতেষ্বহং ॥২৫॥

অন্বয় ঃ—অহং—ঐনা, যবান্—অহুপকী মথৈ ওইবা মশক্তো, যথা ভাবঃ অহুগুম্বা পুকচেন, যদ্রূপ গুণ কর্ম্মকঃ—অহুগুম্বা, ইশক-ইগুন-ইতৌ ঐনা তৌবা থবক লীলা হায়রীবা, তথা—মহুমক, এব—লেপনা, তত্ত্ববিজ্ঞানম্—অরেপ্পা মশক্ খংবা, মদনুগ্রহাৎ-ঐগী থৌজান্দগী, তে—নংগীদমক্, অস্তু-ওইবসনু ইতি ॥২২॥

অন্বয় ঃ—অগ্রে—অহানবদা, অহম্এব—ঐতা, আসম্এব—লেপনা লৈ, যৎ—অহুগুম্বা, অন্যৎ—অতোপ্পা, সৎ—অরেপ্পা-অচৌবা, অসৎ—লেপ্তবা অকুপ্পা, পরং—প্রধান—মায়া, ন—লৈবমদ, পশ্চাৎ—মতুংদা, অহং—ঐনা ওইবনি, যৎ—অহুগুম্বা, এতৎ—অরেপ্প লেপ্তবা-অচৌ-পিশক পুন্নমকসি ঐননি, চ—হন্না, যঃ—মানা, অবশিষ্যেত—প্রলয়দা লেমহুনা লৈহৌবা, সঃ—মহাক্তো, অহং-ঐনা, অস্মি—ওই। ইতি ॥২৩॥

অন্বয়ঃ।—অর্থং—অরেপ্পা ঐবু, ঋতে-নত্তনা, যৎ—মাবু, প্রতীয়েত—থংলিবদো, চ—হন্না, লেপ্পা থংগদবা, আত্মনি-ঐডোনদদি, ন প্রতীয়েত—থংদ্রিবা, তৎ—মদো, আত্মনঃ—ঐগী, মায়া—মায়ানি হায়না, বিদ্যাৎ—খংগনি যথা—অদুম্না আভাসঃ-অঙানববু, যথাতমঃ—অমম্বা ওইবগুম্বনি। ইতি ॥২৪॥

অন্বয়ঃ।—যথা—অহুগুম্বা, মহান্তি—অচৌবা, ভূতানি—আকাশনচিংবাপপ্রভৃতিনা, উচ্চাবচেষ্—অচৌ-পিশক-মী-লাই, মখল-মথা অয়াম্বা, ভূতেষু—থরাই পানবাখিবিক্তা, অপ্রবিষ্টানি—মপান্দা লৈবা, অনুপ্রবিষ্টানি—মনুংদা ওইবা, তথা—অহুগুমনা, তেষু—মথোই খিবিক্তা, নতেষু—ঐবু থৌকপ্পশিংদা অহং—ঐনা তৌবগুম্বনি। ইতি ॥২৫॥

---

ফংহল্লি। অথংবা কবিশিংনা নংনা তৌবিখিবা উপকারদো, নিংশিংঙুবগা হরাওহুনা লমন্ খুমগে থৌয়াংবদা ব্রহ্মাগী পুন্সি ওইহুনস্থু লমন খুম্ববু লেপনা ফংবা ডম্দরে। ইতি ॥১৯॥

অনুবাদ ঃ-শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হায় হে ইতাও! অতৎপা লৈতনা অপেনবনা মাংওইনা ঐবু নিংবা মথোইগী অহুগুম্বা ঐবু ফংনবা প্রেমভক্তিবু ঐনা পী। পীবহুনা মথোইনা ঐবু ফংই। ইতি ॥২০॥

অনুবাদ ঃ—হে ব্রহ্মা! অথংবনা তিল্লবা থোইদোকনা য়ামনা থুপলবা অহুগুম্বা ঐগী অরেপ্পা তত্ত্ব খংবা, অঙগা লোইননা থুপলবা প্রেমভক্তিবুস্থু ঐনা হায়হুনা তাকলি নংনা লৌরো—খংউ। ইতি ॥২১॥

অনুবাদ ঃ—শ্রীনারায়ণনা হে ব্রহ্মা! ঐনা অহুপকী মথৈ ওইবা মশক্তো অহুগুম্বা পুকচেন অহুগুম্বা ইশক্ ইগুণ, ইতৌ ঐনা তৌবা থবক্ লীলা হায়রিবা মহুমক লেপনা অরেপ্পা মশক খংবা ঐগী থৌজান্দগী নংদোকপা ওইরসনু! ইতি ॥ ২২ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৯।৩৫

এতাবদেব জিজ্ঞাস্যং তত্ত্বজিজ্ঞাসুনাত্মনঃ। অন্বয়-ব্যতিরেকাভ্যাং যৎ স্যাৎ সর্ব্বত্র সর্ব্বদা ॥ ২৬ ॥

শ্রীবিল্বমঙ্গলস্য শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃতে ১ম শ্লোকঃ

চিন্তামণির্জয়তি সোমগিরির্গুরুর্মে শিক্ষাগুরুশ্চ ভগবান্ শিখিপিঞ্ছমৌলিঃ।
যৎপাদকল্পতরুপল্লবশেখরেষু লীলাস্বয়ম্বররসং লভতে জয়শ্রীঃ ॥ ২৭ ॥

---

**অন্বয়ঃ**—অন্বয় ব্যতিরেকাভ্যাং—ওইগদবা-ওইবোইদবা অনিনা, যৎ—মানা, সর্ব্বদা—মতম পুম্নমক্তা সর্ব্বত্র—মফম পুম্নমক্তা, স্যাৎ—উহ্নুনা লৈবা, এতাবৎ—অহুপকী মথৈ ওইবদো, এব—লেপ্পা আত্মনঃ—ঐগী, তত্ত্বজিজ্ঞাসুনা—অবেপ্পা তত্ত্ববু থংনিংবা নংনা, জিজ্ঞাস্যং—শ্রী গুরুদা তমজগদবা ওই। ইতি ॥২৬॥

**অন্বয়ঃ**।—যৎ - শ্রীকৃষ্ণগী, কল্পতরু—চরণশিদবা উপানগী, পল্লব শেখরেষু—মনা ওইবা খুজিন খিবিক্তা, জয়শ্রীঃ—শ্রীরাধানা, লীলা—লীলা পামজবতনা, স্বয়ং—মতোমতনা, বর—মশামকপু কংপগী, রসং—অপেনববু, লভতে—ফংনা শ্রীরাধানা থৌগল্লবা, শিখি পিঞ্ছমৌলিঃ—কোক্তা ৱাহোং মতু থোনবা, ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণনা, জয়তি জয়-ওইবি, মে—ঐগী শিক্ষা গুরুঃ—শ্রীরাধাগী মশক ওইবী ভক্তি তাকপী শ্রীচিন্তামণিনা, চ—হন্না, গুরুঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীদীক্ষা গুরু, চিন্তামণি—নিংনবগী মণি ওইবা, সোমগিরিঃ—শ্রীসোমগিরি কৌবনা, জয়তি—জয় ওইরি। ইতি ॥ ২৭ ॥

**অন্বয়ঃ**।—ততঃ—মবম অসিদগী, বুদ্ধিমান্—অশিংবশিংনা, দুঃসঙ্গং—ফত্তবা তিন্নববু, উৎসৃজ্য—থাদোক্লনা, সৎসু—সাধুশিংদা সজ্জেত—তিন্নজগদবা ওই, সন্তঃ—সাধুনা, উক্তিভিঃ—তাকপীবা ভক্তিনা, অস্য মী অদুগী, মনোব্যাসঙ্গম্—লেপ্তবা মায়াদা পুকনিং চববু, ছিন্দন্তি—তুপথংপী অমসুং ভক্তি চৎহল্লি। ইতি ॥ ২৮ ॥

---

**অনুবাদঃ**।—ইহান হানবদা ঐতা লৈ ; অচৌবা অকুপ্পা অমসুং মাযানা লৈবমদে। অচৌবা, অকুপ্পা, ময়া, পুম্নমকসি, ঐনা ওইবনি। অদুগা প্রলয়গী মতুংদা লেমহুনা লৈহৌবদো ঐনি। ইতি ॥ ২৩ ॥

**অনুবাদঃ**। - অবেপ্পা থংগদবা ঐডোন্দা থংদহুনা, ঐডোন্দগী অতোপ্পা মাবু থংডুবদা ঐগী মায়ানি থংডু ; মহুদি অডানববু অমম্বগুম্বনি। ইতি ॥ ২৪ ॥

**অনুবাদ**।—অহুগুম্বা অচৌবা অকাশনচিংবা পঞ্চ ভুংনা অচৌ-পিশক্ মী-লাই মথন-মথা অয়াম্বা থৱাই পান্‌বা খিবিক্তা মপান্দা লৈবা মনুংদা ওইবা ঐবু খুরুম্বা ইনাই ভক্তগী থম্মোই মনুংদা, মপান্দা কৃষ্ণ ঐনা লৈবগুম্বনি। ইতি ॥ ২৫ ॥

**অনুবাদঃ**।—থংনিংলবদি ওইগদবা ওইরোইদবা অনিনা মতম পুম্নমক্তা, মফম পুম্নমক্তা উহ্নুনা লৈবা অদুপকী মথৈ ওইবদো লেপনা ঐগী অবেপ্পা তত্ত্ববু থংনিংবা নংনা শ্রীগুরুদা তম্‌জগদবা ওই। ইতি ॥ ২৬ ॥

**অনুবাদঃ**। - শ্রীকৃষ্ণগী চরণ শিদবা উপানগী মশক মনা ওইবা খুজিন্ খিবিক্তা ; লীলাবু পামজবতনা মতোমতগী মশামকপু কংপগী পেন্‌বীনববু ফংনা শ্রীরাধানা থৌগল্লবা, কোক্তা ৱাহোং মতু থোনবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি। ভক্তিবু তাকপিবা ঐগী শিক্ষাগুরু শ্রীরাধাগী মশক ওইবী শ্রীচিন্তামণিনা অমসুং ঐগী নিংনবগী

শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।২৬।২৬

ততো দুঃসঙ্গমুৎসৃজ্য সৎসু সজ্জেত বুদ্ধিমান্। সন্ত এবাস্য ছিন্দন্তি মনোব্যাসঙ্গমুক্তিভিঃ ॥ ২৮ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ৩।২৫।২২

সতাং প্রসঙ্গান্মম বীর্য্যসংবিদো ভবন্তি হৃৎকর্ণরসায়নাঃ কথাঃ।
তজ্জোষণাদাশ্বপবর্গবর্ত্মনি শ্রদ্ধারতির্ভক্তিরনুক্রমিষ্যতি ॥ ২৯ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ৯।৪।৬৮

সাধবো হৃদয়ং মহ্যং সাধূনাং হৃদয়ন্ত্বহম্ মদন্যত্তে ন জানন্তি নাহং তেভ্যো মনাগপি ॥ ৩০ ॥
ভবদ্বিধা ভাগবতাস্তীর্থীভূতাঃ স্বয়ং প্রভো। তীর্থীকুর্ব্বন্তি তীর্থানি স্বান্তঃস্থেন গদাভৃতা ॥ ৩১ ॥

---

**অন্বয়ঃ**।— সতাং—সাধুশিংগী, প্রসঙ্গাৎ-থোইদোকনা তিন্নজবদগী, হৃৎকর্ণরসয়নাঃ—নাকোংগী থম্মোইগী অপেনবা, মম—ঐগী, বীর্য্য—তৌবা ভম্ববু, সংবিদঃ—চংখোন্না, থংগদবা ওইবা, কথাঃ—হরিনাম-মন্ত্র-গায়ত্রী ভক্তিবু, তজ্জোষণাৎ—তাজবদগী, তমজকবদগী, অপবর্গ বর্ত্মনি - মায়া নত্তবা মায়াকোকুলবা ভক্তিগী লম্বীদা, শ্রদ্ধা—থাজবা, রতি —অপাম্বা, ভক্তিঃ—প্রেম ভক্তিনা, অনুক্রমিষ্যতি—মথং মথং ওইবকপনা, আশু—থুনা, অনুক্রমিষ্যতি—ভক্তি চংলকপনা ওইগনি। ইতি ॥ ২৯ ॥

**অন্বয়ঃ**।—সাধবঃ—সাধুশিংনা, মহ্যং ঐগী, হৃদয়ং—থম্মোইনি, তু—হন্না, অহং—ঐনা, সাধূনাং—সাধুশিংগী, হৃদয়ং—থম্মোইনি, তে—মখোয়না, মদন্যৎ—ঐডোন্দগী অতোপ্পা অমবু, নজানন্তি—খংদে, অপি—তমসুং, তেভ্যঃ—মখোয়দগী অতোপ্পা অমবু, মনাক্—খজিক্কং, নজানে—ঐনা খংদে। ইতি ॥৩০॥

**অন্বয়ঃ**।—প্রভো—হে ইতোন ইবুঙো, ভবদ্বিধাঃ—ইতোনগুম্বা, ভাগবতাঃ—ভক্তশিংনা, স্বয়ং—নশানা, তীর্থীভূতাঃ—তীর্থ ওই, স্বান্তঃস্থেন—নখোইগী থম্মোইদা লৈবা, গদাভৃতা—শ্রীকৃষ্ণনা, তীর্থানি—তীর্থশিবিকপু, তীর্থীকুর্ব্বন্তি—তীর্থ ওইহল্লি। ইতি ॥৩১॥

---

মণি ওইবা, শ্রীকৃষ্ণগী মশক্ ওইবা শ্রীসোমগিরি কৌবা দীক্ষাগুরুনা জয় ওইরি—খুরুমজরি। ইতি ॥ ২৭ ॥
অন্তর্য্যামী ওইদুনা জীবদা ত'হন উহন্দনা তম্বীবা পরমাত্মাশিক্ষা গুরুদো শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি।

জীবদা ভক্তি তম্বীবা অথোইবা ভক্ত শিক্ষা গুরুদো শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি। শ্রীশিক্ষা—দীক্ষা গুরুদি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী মশক্নি ॥ ২৯ ॥

**অনুবাদ**।—মরম অদুদগী অশিংবশিংনা ফত্তবা তিন্নববু থাদোক্তুনা মী অদুনা অথংবা সাধুশিংদা চংজদুনা তিনজগনি, সাধুনা তাকপা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিনা মরম ওইদুনা ফত্তবা লেপ্তবা মায়াদা মীদুগী পূকনিং চংববু তুপ্থংলী, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি চংহল্লি। ইতি ॥ ২৮ ॥

**অনুবাদ**।—অথংবা সাধুশিংগী থোইদোকনা তিন্নজবদগী, নাকোংগী থম্মোইগী, অপেনবা ঐগী তৌবা ভম্ববু চংখোন্না থংগদবা হরিনাম-মন্ত্র গায়ত্রী ভক্তিবু তাজবদগী তমজবদগী মায়াকোকলবা ভক্তিগী লম্বীদা থাজবা, অপাম্বা প্রেম ভক্তিনা থুনা মথং মথং ওইরকপনা ওইগনি। ইতি ॥ ২৯ ॥

ভক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি মাগী মৈফমনি। ভক্তগী থম্মোইদা শ্রীকৃষ্ণগী লেংদবা মৈফমনি ॥ ৩০ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৬৯।২

**চিত্রং বতৈতদেকেন বপুষা যুগপৎ পৃথক্। গৃহেষু দ্ব্যষ্টসাহস্রং স্ত্রিয় এক উদাবহৎ ॥ ৩২ ॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩৩।৩

**রাসোৎসবঃ সংপ্রবৃত্তো গোপীমণ্ডল মণ্ডিতঃ। যোগেশ্বরেণ কৃষ্ণেন তাসাং মধ্যে দ্বয়োর্দ্বয়োঃ ॥**
**প্রবিষ্টেন গৃহীতানাং কণ্ঠে স্বনিকটংস্ত্রিয়ঃ। যৎ মন্যেরন্ ॥ ৩৩ ॥**

শ্রীলঘুভাগবতামৃতে, পূর্ব্বখণ্ডে ১৮শ শ্লোক

**অনেকত্র প্রকটতা রূপস্যৈকস্য যৈকদা সর্ব্বথা তৎস্বরূপৈব সপ্রকাশ ইতীর্য্যতে ॥ ৩৪ ॥**

---

**অন্বয়ঃ** —একঃ—শ্রীকৃষ্ণ অমত্তনা, একেন বপুষা - হকচাং অমত্তনা, যুগবৎ — মতম অমত্তদা, গৃহেষু - যুম ময়ামদা, পৃথক্— তোঙাম্না, দ্ব্যষ্টসাহস্রং—লিশিংতরাতককগুবা, স্ত্রিয়ঃ - নুপীশিংবু, উদাবহৎ—লুহোংখি. বত—ওস্থোকপনি, চিত্রং—অঙকপনি। ইতি ॥ ৩২ ॥

**অন্বয়ঃ** ।- কণ্ঠেগৃহীতানাং—খৌরিদা কোল্লবী, তাসাং—গোপীশিংগী, দ্বয়োর্দ্বয়োঃ—অনি অনিগী, মধ্যে—মরক্তা, প্রবিষ্টেন - চংলবা, যোগ শ্বরেন—যোগগী মপু ওইবা, কৃষ্ণেন—শ্রীকৃষ্ণনা, গোপী-মণ্ডল-মণ্ডিত' গোপী মকোইনা লৈতেংবা, রাসোৎবং—রাসগী হরাওববু, সম্প্রবৃত্তঃ—হৌগৎখরে, স্ত্রিয়ঃ—গোপীশিংনা, যং শ্রীকৃষ্ণবু, স্বনিকটং—ইনাক্ত লৈ হায়না, মন্যেরন্—নিংখি। ইতি ॥ ৩৩ ॥

**অন্বয়ঃ** ।—একস্য - অমত্তা ওইবা, রূপস্য—মশক অতুগী, অনেকত্র—অয়াম্বা মফমদা, একদা—মতম অমত্তা, যা—অদুগুম্বা, প্রকটতা—ফোংদোক্তুনা লৈবা, সর্ব্বথা—লেপনা, তৎস্বরূপাএব—মাগী মশক অদু ওইবা, সঃ - মদুবু, প্রকাশঃ—ফোংদোকপা, ইতি - অসুম্না, ইর্য্যতে—কৌই। ইতি ॥ ৩৪ ॥]

---

**অনুবাদ** ।- শ্রীকৃষ্ণনা সাধুশিংনা ঐগী থম্মোইনি হন্না, ঐনা সাধুশিংগী থম্মোইনি মাংখায়না ঐতোন্দগী অতোপ্পা অমবু খংদে অমসুং মখোয়দগী অতোপ্পা অমবু খজিক্ত ঐনা খংদে। ইতি ॥ ৩০ ॥

**অনুবাদ** ।—শ্রীযুধিষ্ঠিরনা বিদুরদা— হে ইতোন ইবুঙঙো। ইতোনগুম্বা, ভক্তশিংনা নশানা তীর্থ ওই। নখোইগী থম্মোইদা লৈবনা শ্রীকৃষ্ণনা তীর্থ থিবিকপু তীর্থ ওইহল্লি। ইতি ॥ ৩১ ॥

**অনুবাদ** ঃ—শ্রীকৃষ্ণ অমত্তনা হকচাং অমত্তনা মতম অমত্তদা যুম মযামদা তোঙাম্না লিশিং তরাতকক গুবা নুপীশিংবু লুহোংখি ওস্থোকপনি অঙকপনি। ইতি ॥ ৩২ ॥

---

অদুগুম্বা ভক্তশিংদো মখন অনি থোকই। ভক্তিনা ওইবা অমা হান্না লোইনবা পাবিষদ অমা ॥ ৩১ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী তৌবকপা অবতার মখন অহুম্নি। অংশনা পোকপা অমা, গুন্না পোকপা অমা। ৩২ ॥ শক্তি চংহুনা পোকপা অমা, অহুম অসিনি। অংশনা পোকপনা পুরুষ অহুম ঙানচিংবা দশ অবতারসিনি ॥ ৩৩ ॥ ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিব অহুম অসি গুন্না পোক্পনি। নারদ, ব্যাস, পৃথু, সনকনাচিংবসি শক্তি-চংহুনা পোক্পনি ॥ ৩৪ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী ফোংদোকপা মখন অনিনি মহুদি। প্রকাশকী মশক অমা বিলাসগী মশক অমা মহুদি ॥ ৩৫ ॥ মতম অমত্তদা শ্রীকৃষ্ণনা তোঙান্দনা মশক অনত্তনা মফম খুদিংদা শিনথুংনা লৈবা মশক্ত প্রকাশনি ॥ ৩৬ ॥ রাসদা এক গোপীএকশ্যাম, অদুনা লুক্মিনীনচিংবী লুহোংবদা কৃষ্ণ অমত্তনা, ওইখিবদো শ্রীকৃষ্ণগী মরুওইবা প্রকাশনি ॥ ৩৭ ॥

**অনুবাদ** :— খৌরিদা কোল্লবী গোপীশিংগী অনি অনিগী মরক্তা চংলগা, যোগগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীগী মকোইনা লৈতেংবা, রাসগী হরাওববু হৌগৎখরে। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঐগী ইনাক্তা লৈ হায়না নিংখি ॥ ৩৩ ॥

শ্রীলঘুভাগবতামৃতে বিলাস লক্ষণম। ১। ১৫

**স্বরূপমন্যাকারং যত্তস্য ভাতি বিলাসতঃ। প্রায়েণাত্মসমং শক্ত্যা স বিলাস ঈর্য্যতে ॥৩৫॥**

***বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ। গৌড়োদয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ ॥৩৬॥**

**অন্বয় :**—তস্য—মহাক্কী, যৎস্বরূপং--অতুগুম্বা মশক্ক, বিলাসতঃ - লীলাতনা মবম ওইদুনা, অন্যাকারং অতোপ্পা মশক্ ওইবা, অতুনা, প্রায়েণ য়াম্না, আত্মাসমং শক্তি মাগী তৌবা ঙম্বা মাননা, ভাতি—ঙাল্লিবা, স :—মানা, বিলাস বিলাসঃ কৌই, ইতি—অসুমনা, ঈর্য্যতে—হায়বি -ইতি ॥ ৩৫ ॥

**অনুবাদ :**—অমত্তা ওইবা মশক অতুগী অয়াম্বা মফমদা মতম অমত্তদা অতুগুম্বা ফোংদোক্লুনা লৈবা লেপনা ওইবা মাগী মশক্ মতুবু প্রকাশ ( ফোংদোকপা, ) অসুমনা কৌই। ইতি ॥৩৪॥ মশা অমত্তনা ওইদি ওইবা মতুং তোপ্পা মশক্তা মাগা তৌবঙম্বা য়ামনা মাননা ফোংদোকপা মশক্পু বিলাস কৌই। ইতি ॥ ৩৮ ॥

**অনুবাদ :**— হাক্কী অতুগুম্বা মশক্ক লীলাতনা মবম ওইদুনা, অতোপ্পা মশক ওইবা অতুনা যাম্না মাগা তৌবা ঙম্বা মাননা ঙাল্লিবা মানা বিলাস কৌই অসুমনা হায়রি। ইতি ॥ ৩৫ ॥

অতুম্বা বলদেব, পরব্যোমদা লৈবা শ্রীনারায়ণ। বিলাসনি অতুম্বা, বাসুদেব, প্রদ্যুম্ন অনিরুদ্ধ-সঙ্কর্ষণ নচিংবসি বিলাসনি ॥ ৩৯ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি ( হুম্না ওন্থোকপা মশকপু শক্তিনি ) অসি মথন অহুম থোকই। মতুদি শ্রীলক্ষ্মী শ্রীরুক্মিনীনচিংবী দ্বারিকাগী ইবেম্মাশিং ॥৪০॥ ব্রজদা শ্রীরাধানচিংবী অসিনি, গোপীনা অথোইবী শক্তিনি। থোইদোকপী গোপীগী শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা অবেপ্পা মবুংঙোনি ॥৪১॥ শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংগা মাগী য়ামথোক্পগী মশকা চপ মান্নে। ভক্ত অমসুং পারিষদগা শ্রীকৃষ্ণগা থানদনা লোইনৈ ॥৪২॥ অহানবদা মথং নাইনা পুম্নমকপু খুরুম্মী। অয়াম্বা ফহনবিম্বগীদমক পুম্নমকপু ঐনা খুরুমজরী ॥৪৩॥ অপুনব খুরুম্বা অহোবা মঙ্গলাচরণগী শ্লোকী অর্থ হায়জরে। অথোইবা খুরুম্বা অনিশুবা শ্লোকী অর্থবু হায়জগে ॥৪৪॥

৩৬ শ্লোকী আঃ।১।২ শুবা শ্লোক্তা য়েংউ

**অনুবাদ :**।—থোকফম চিং গৌড়দেশতা পুন্না থোকপা অফবা পীবা ফত্তবা অমম্ববু কোকহনবা ঙকলবা সুমিৎ-থা ওইবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দ ইবুংঙো অনিবু ঐন খুরুমজরী। ইতি ॥৩৬॥

শ্রীবৃন্দাবন্দা দ্বাপরদা শ্রীবলকৃষ্ণনা অতুমনা শাৱে। অনিগী মঙাম্না সুমিৎ থা কেৎটিবু হেন্না ঙাল্লি ॥৩৫॥ শ্রীরামকৃষ্ণ অনিনা জীববু থোজানবিত্না কলিদা। থোকফম চিং গৌড়দেশদা পুন্না থোকলরে ॥৩৬॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভু অমদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু। ইবুংঙো অনিগী মঙাম্না জীব অপুম্বা সুংঙাইরি ॥৪৭॥ সুমিৎ-থা অনিন, অমম্ব পুম্নমক্ কোক্পগুমন। শ্রীকৃষ্ণবু তাক্লগা নিংনব ভক্তি ধর্ম্মবু ফোংদোক্ই ॥৪৮॥ অসুম্না মচিন মনাওগী কৃপানা জীবগী থংদবগী অমম্ববু কেকপীদুনা শ্রীকৃষ্ণগা কোন্ননা ভক্তিবু পীবী ॥৪৯॥ থংদবা অমম্বগী মমিংবু মীনম্বা হায়না কৌই মতুদি। ধর্ম্ম-অর্থ--কাম -মোক্ষ নচিংবা অয়াম্বা অপাম্ববুনি ॥ ৫০ ॥

**অনুবাদ** ।—শ্রীনারায়ণনা তৌবা শ্রীভাগবত্তা নুংনাংত্রবা সাধুশিংগী ; ভুক্তি মুক্তিনচিংবা পাম্বগী মীনম্বা য়াংত্রবা অথোইবা ভক্তি ধর্ম্মবু হায়রী। মসিদা আধ্যাত্মিকা-আধিদৈবিক অধিভৌতিক কৌবা তাপ অহুমগী মরু ফংনা কোক্লবা ওইবা, অফববু পীনবা থাজ্জেংশেংবা অরেপ্পবু থংগদবা ওই ; অতুনা অতোপ্পা লাইরিকনা করি তৌরুনি শ্রীভাগবত্তা, পুম্ন চেনবা শ্রীভাগবত তানিংবশিংনা তানিংবা খুদক অতুদা

শ্রীমদ্ভাগবতে ১।১।২

ধর্ম্মঃ প্রোজ্ঝিতকৈতবোহত্র পরমো নির্ম্মৎসরাণাং সতাং বেদ্যং বাস্তবমত্র

বস্তু শিবদং তাপত্রয়োন্মূলনম্।

শ্রীমদ্ভাগবতে মহামুনিকৃতে কিংবা পরৈরীশ্বরঃ সদ্যো হৃদ্যবরুধ্যতেহত্র

কৃতিভিঃ শুশ্রূষুভিস্তৎক্ষণাৎ ॥৫৭॥

---

**অন্বয়ঃ**—মহামুনিকৃতে—শ্রীনারায়ণনা তৌবা, অত্র শ্রীমৎভাগবতে—শ্রীভাগবত্তা, নির্ম্মৎসরাণাং—মুং নাংত্রবা, সতাং সাধুশিংগী, প্রোজ্ঝিতকৈতবঃ—ভুক্তি মুক্তিনচিংবা মীনম্বা য়াওত্রবা, পরমঃ ধর্ম্মঃ—অথোইবা ভক্তি ধর্ম্মবু হায়বী, অত্র—মসিদা তাপত্রয়উনমুলনং—আধ্যাত্মিকা--আধিদৈবিকা -আধিভৌতিকা কৌবা তপ অহুমগী মরু ফংনা কোব্নবা ওইবা, শিবদং—অফববু পীনবা, বাস্তবম থাঙ্গৈশেংবা, বস্তু—অবেপ্পাবু, বেদ্যম্ খংনদবনি পরৈঃ—অতোপ্পা লাইবিক্লা, কিম্বা—করি তৌকনি, অত্র—শ্রীভাগবত্ত, কৃতিভিঃ—পুন্য চেনবা, শুশ্রূষুভিঃ—শ্রীভাগবত তানিংবশিংনা, তৎক্ষণাং—সদ্যঃ—হেক্ তানিংবা, খুদক্ অহুদা, হৃদি—থমোইদা, ঈশ্বরঃ—শ্রীকৃষ্ণবু অবরুধ্যতে—ফাত্তুনা থম্জৈ। ইতি ॥ ৩৭ ॥

---

শ্রীকৃষ্ণবু থম্মাইদা ফাত্তুনা থমজৈ। ইতি ॥৫৭॥ ধর্ম্ম অর্থ-কাম,মোক্ষ-মবিসিদগী মোক্ষ (লানবা) পাম্বনা মিনম্বা অথোইবনি। মোক্ষ পাম্বদগী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিবু মাংডি ॥৫১॥

**অনুবাদ**।—মিনম্বা কোকপাংগায়বনা মহৈ নিদ বনি অমসুং প্র হায়বনা অরানবা পাম্বনি, হন্না শ্রীধরস্বামিগী রাহৈথিবিক্লা মাতুব কোকহনবনি হায়রি। ইতি ॥৩৮॥

অফম্বা ফত্তবা থবক্লা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু পললহল্লি। মশাগী কাম্নবা ধর্ম্মনা জীবত্তুগী থংদবা অমম্বনি ॥৫২॥ শ্রীগৌর নিতাইগী থৌজাম্না অমম্ববু কোকহল্লি। অমম্ববু কোকহল্লগা অবেপ্পা মশকপু ফোংতোকই উহল্লি ॥৫৩॥ অবেপ্প মশক্তি, শ্রীকৃষ্ণ, কৃষ্ণগী ভক্তি (অপেনবা) কৃষ্ণবু নুংশিবগী মশক্ (থরাই য়াওনা নুংশিনা কৃষ্ণনা পেন্‌বীনবা নামশোনবা অয়াম্বা নুং-ঙাইবগী মশক নাম সঙ্কীর্ত্তণবুসু হায়রিবা পুম্নমকসি অরেপ্পা মশকনি ॥ ৫৪ ॥ নুমিৎ থা অনিনা মপানগী অমম্ববু কোকহল্লি। মপান্‌গী মশক্ চফু ফিনচিংববু উহল্লি। ॥ ৫৫ ॥ শ্রীগৌরনিতাই মচিন মনাও অনিনা থম্মাহগী ফুইববা অমম্বরু কোকহল্লি অমসুং মপানগী অমম্ববুসু কোকহল্লি। শ্রীগৌরনিত্যাইনা ভাগবত অনিগা লোইননা অবেপ্পা মশকপু জগৎ পুম্নমক্তা ফংজহল্লি ॥৫৬॥ ভাগবত অমনা শ্রীভাগবত পুরাণ অসিনি। ভাগবত অমনা, শ্রীকৃষ্ণগী পেম ভক্তি রসগী পাত্র ওইবা ভক্তনি ॥ ৫৭ ॥ শ্রীভাগবত, ভক্ত অনিনা মরম ওইতুনা ভক্তিরসবু পীবীরি। ভক্তিরসনা ভক্তগী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণবু খুঙম্ চল্লি ॥৫৮॥ অচকপা অমনা মতম অমত্তদা নুমিৎ থা অনি পুন্না থোকপা। অচকপা অমনা থমোই লোক্কী অমম্বা কোকপীরি ॥৫৯ থোইদোকপা চানবিত্তুনা নুমিৎ থা ওইতুনা অনিনা। গৌড়দেশদা থোকপীবনা জগৎকী লাইবক ফবি ॥৬০॥ শ্রীগৌর-নিত্যাই অনিবু পেনবীনবা চরণদ খুরুমজৈ। খুরুমজবদগী অকায়বা মাংগনি নিংববু থুংগনি ॥৬১॥ অনিশুবা শ্লোক্কী খুকম্বা মঙ্গলাচরণগী মশক হায়-জরে। হৌজিক অহুমশুবা শ্লোক্কী অর্থ পুম্নমক্লা তাবিয়ু ॥৬২॥ য়াম্না হাযগদবদা লাইরিক চাওখিগনি কিবনা, সন্তোকচদবে ময়েক খজিক্কনা মচিবু হায়রি ॥ ৬০ ॥

ব্যাখ্যাতঞ্চ শ্রীধরস্বামি চরণৈ । উজ্বিত কৈতব ফলানুসন্ধান রহিত প্রশব্দেন
মোক্ষাভিসন্ধিরপি নিরস্তঃ ॥ ৩৮ ॥

উক্তঞ্চ

মিতঞ্চ সারঞ্চ বচো হি বাগ্মিতা ইতি ॥ ৩৯ ॥

---

**অন্বয়ঃ** ।—উজ্ঝিত-কৈতবঃ —মিনম্বা কোকপা হায়বনা, ফলানুসন্ধানরহিতঃ—মহৈ নিদববুনি, অপি—অমসুং, প্রসদ্ধেন—প্রহায়বনা, মোক্ষাভিসন্ধি—অবানবা পাম্বুনি, নিরস্তঃ—মতুবু কোকহনবনি, চ—হন্না, শ্রীধবস্বামি-চবনৈঃ—শ্রীধবগী পাদশিংবা, ব্যাখ্যাত—হায়বি । ॥ ৩৮ ॥

**অন্বয় ঃ**—মিতঞ্চ—য়ামদনা, মচি ওইববু, বচঃ—হায়বা য়াহৈদো, হি—লেপ্পা, বাগ্মিতা—অখোইবা য়াহৈনি, ইতি—অস্পমনা হায়বি । ॥ ৩৯ ॥

---

**অনুবাদ** । য়াহৈদি যামদনা মচি ওইববু হায়বা য়াহৈদা অখোইবনি অস্পন্না লেপ্পা হায়রি । ইতি ॥ ৩৯ ॥

মীতুনা তাজবদা থংদবনচিংবা পুক্লিংগী দোয কোককনি । অয়াম্বা অখপ্পা মশক থংগনি অপেনবা ফংগনি ॥ ৬৪ ॥ মতিক চাপ্তরবা, শ্রীচৈতন্য, অদ্বৈত, নিত্যানন্দ, মথায়গী ভক্ত, ভক্তি, নাম, প্রেম, রস, তত্ত্বু অরেপ্পা মশকপু তোপ্পা ২ লাইরিক্ অসিদা ইজবি ॥ ৬৫ ॥ অরেপ্পা মশক পুম্নমকপু তাবগা থংগনি । ॥৬৬॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী পাদদা ঐনা খুকমজতুনা । শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জরি । ইতি ॥ ৬৭ ॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত আদি লীলাদা গুরুশিংবু খুরুম্বা মঙ্গলচরণ অহানবা পবিচ্ছেদনি ।

# দ্বিতীয় পরিচ্ছেদ

শ্রীচৈতন্য প্রভুং বন্দে বালোঽপি যদনুগ্রহাৎ। তরেন্নানামতগ্রাহব্যাপ্তং সিদ্ধান্তসাগরম্ ॥ ১ ॥

কৃষ্ণোৎকীর্ত্তনগাননর্ত্তনকলাপাথোজনি ভ্রাজিতা। সদ্ভক্তাবলিহংসচক্রমধুপশ্রেণী বিহারাস্পদম্ ॥

কর্ণানন্দিকলধ্বনির্বহতু মে জিহ্বামরু-প্রাঙ্গণে। শ্রীচৈতন্যদয়ানিধে তব লসল্লীলাসুধাস্বর্ধুনী ॥ ২ ॥

তথাহি

যদদ্বৈতং ব্রহ্মোপনিষদি তদপ্যস্য তনুভা। য আত্মান্তর্যামী পুরুষ ইতি সোঽস্যাংশবিভবঃ ॥

ষড়ৈশ্বর্য্যৈঃ পূর্ণো য ইহ ভগবান্ স স্বয়ময়ং। ন চৈতন্যাৎ কৃষ্ণাজ্জগতি পরতত্ত্বং পরমিহ ॥ ৩ ॥

তথাহি – শ্রীমদ্ভাগবতে ১।২।১১

বদন্তি তত্তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্জ্ঞানমদ্বয়ম্। ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে ॥ ৪ ॥

---

**অন্বয়ঃ** ।—বালঃ—থংদব, অপি - মকপু, যদনুগ্রহাৎ— শ্রীচৈতন্যগী থৌজান্দগী, নানামত গ্রাহ ব্যাপ্তং —অয়াম্বা মতনা লাইরেল ওইদুনা থল্লবা, সিদ্ধান্ত সাগরং সিদ্ধান্তগী সমুদ্রবু, তরেৎ—লাল্লি, তং - অদুগুম্বা, শ্রীচৈতন্যপ্রভুং—শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু, বন্দে—ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥ ১ ॥

**অন্বয়ঃ** ।—দয়ানিধে—থৌজান্না সমুদ্র ওইবা, শ্রীচৈতন্য – হে শ্রীচৈতন্য, কৃষ্ণোৎকীর্ত্তন, গান – নর্ত্তন-কলা-পাথো জনি ভ্রাজিতা —থরাই য়াওনা রাংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্ গুণ লীলাবু শোন্না-জগোই-ঈশৈ শকপা শানবা খিবিক্না থম্বান ওইদুনা ফজরবা, সদ্ভক্তাবলিং-হংস-চক্র-মধুপ-শ্রেণী বিহারাস্পদং—রসবু চারবা ভক্তগী মপৈনা ডাম্ভু থঙ্গোং-থাইমুনচিংবগী শান্নফম ওইবা, কর্ণানন্দি কলধ্বনি—নাকোংগী নুংঙাইরবা মীরবা খোঞ্জেল্না তিল্লবী, তব—নংগী, লসল্লীলা সুধাস্বর্ধুনি – নিংথিজবা লীলাগী অমৃত ওইবা ইচেন স্বর্গ গঙ্গানা, মে—ঐগী, জিহ্বা মরু প্রাঙ্গন—লৈহাও লৈত্রবা মাঙ্গল ওইবা লৈমেংদা, বহতু—চেম্থিবসনু। ইতি ॥ ২ ॥

**অন্বয়ঃ** —তত্ত্ববিদঃ—আবেপ্পা মশক্ খংবশিংনা, তৎ—মাবু তত্ত্বং—মশক ওইবা অরেপ্পা মশকনি, বদন্তি—হায়বী, যৎ –মাবু, অদ্বয় জ্ঞানং—অনিশুদনা খংনবিবা মাবু, ব্রহ্ম—আত্মা-ভগবান্ ইতি অমুম্না ব্রহ্ম-আত্মা ভগবান্ কৌই, শব্দ্যতে -হায়বি। ইতি ॥ ৪ ॥

---

**অনুবাদ** : । – থংদবমকপু শ্রীচৈতন্যগী থৌজান্দগী অয়াম্বা মতনা লাইরেন ওইদুনা থল্লবা সিদ্ধান্তগী সমুদ্রবু লাল্লি। অদুম্বা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু ঐনা থৌজানবীযু হায়না খুরুমজরি। ইতি ॥ ১ ॥

**অনুবাদ** : । – হে শ্রীচৈতন্য। থৌজান্না সমুদ্র ওইবা, থরাই য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্বা ঈশৈ শকপা, জগোই শাবা শান্নবা খিবিকসিনা শাংলবা থম্বাল ওইদুনা ফজরবা, রসবু চারবা ভক্তগী মপৈনা ডাম্ভু থঙ্গোং, থোইমু, খিবিকী শান্নফম ওইবা নাকোংগী নুংঙাইরবা মীরবা খোঞ্জেল্না নিল্লবী, নংগী নিংথিজবা লীলা অমৃতহ স্বর্গ গঙ্গাগী ইচেননা লৈহাও লৈত্রবা মরুভূম ওইবা ঐগী লৈমেংদা চেম্থবী রসনু। ইতি ॥ ২ ॥

ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অধ্যায়ে ৪০ শ্লোকে।

যস্য প্রভা প্রভবতো জগদণ্ডকোটি কোটিষ্বশেষবসুধাদিবিভূতিভিন্নম্।
তদ্‌ব্রহ্ম নিষ্কলমনন্তমশেষভূতং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥ ৫ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।৬।৪৭

বাতবসনাঃ ঋষয়ঃ শ্রমণা ঊর্দ্ধমন্থিনঃ ব্রহ্মাখ্যং ধাম তে যান্তি শান্তাঃ সন্ন্যাসিনোঽমলাঃ ॥৬॥

**অন্বয়ঃ**। - জগদণ্ড কোটি কোটিষু— ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিদা, অশেষবসুধাদি বিভূতিভিন্নং লোম্বা লৈতবা পৃথিবীনচিংবদা তৌবা ভমথোকপনা তোঙান ২ লৈবা, নিষ্কলং—থল্লবা-লুববা, অনন্তং —লোমদবা অশেষভুতং—ভমথৈ নাইদবা, ব্রহ্ম-ব্রহ্ম কৌবা, প্রভবতঃ—মতিক চাওরবা, তৎ মাদো, যস্য—শ্রীগোবিন্দগী, প্রভা - মঙাল্লি, তৎ—অদুগুম্বা, আদি পুরুষং—অহানবা পুরুষ, গোবিন্দ—শ্রীগোবিন্দবু. অহং—ঐনা, ভজামি— নিংজবি। ॥ ৫ ॥

**অন্বয়**ঃ।—মুনয়ঃ-মুনিশিংনা, বাত বসনাঃ--মাইকৈনা কি ওইবা, শ্রমণাঃ-ব্রাজরবা, উর্দ্ধ মন্থিনঃ--উর্দ্ধরেত ওইবা, শান্তাঃ—ইংলবা, তপলবা অমলাঃ—মক্কুবা, সন্ন্যাসিনঃ—সন্ন্যাসশিংনা, তে—নংগী, ব্রহ্মাখ্যং— ব্রহ্ম কৌবা, ধাম—মঙানবু যান্তি—ফংঙি ॥ ৬ ॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ।
শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুম্মী শ্রীগৌরভক্তশিংবু খুরুমজবি ॥.॥
অহুমগুবা শ্লোক্কী থংগদবা মরোল সন্দোকচরি।
অরেপ্পা মশক তাকপা মঙ্গলাচরণ তৌবা শ্লোকনি ॥২॥
**৩, শ্লোকীঃ আঃ ১।৩। গুবা শ্লোক্কা রেংউ।**
ব্রহ্ম-আত্ম-ভগবান্ অহুমসিনা অনুবাদনি (থংহল-বনি)। মঙাল্লি হন্থবনি, তোপথোকপনি, অহুমসিনা বিধেয়গী (থংগদোবা শ্রীকৃষ্ণগী) থংহনবা খুদমনি ॥৩॥ থংহনবগী মতুংদা থংগদোববু কোন্না হায়গনি। হায়বা লাইরিক অসিগী মতুংইন্না শ্লোকসিগী অর্থবু হায়রি তাবিয়ু ॥৪॥ মহুদি—শ্রীকৃষ্ণনা মতোমতনা ওইবনি অরেপ্পা মশকনি। অথংবনি মুংঙাইবনা থল্লি পুন্ন-মক্তগী হেনবা মতিক মগুণনি ॥৫॥ শ্রীভাগবত্তা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু স্বয়ংনি হায়রি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইনা পোকলরে ॥৬॥ শ্রীকৃষ্ণনা থোই-দোকনা থংনবা মশক অহুম পুথোকই। মহুদি ব্রহ্ম-আত্মা-অমদি পূর্ণ ভগবান অহুমসিনি ॥৭॥

**অনুবাদ**ঃ।—অরেপ্পা মশক্ থংবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু মক্কওইবা অরেপ্পা মশক্‌নি হায়রি অদুগুম্বা অনি-গুদনা থংনরিবা ( শ্রীকৃষ্ণবু ) ব্রহ্ম-আত্মা-ভগবান কৌই অম্তন্না হায়রী। ইতি ॥ ৪ ॥
শ্রীকৃষ্ণগী শেংলবা হকচাংগী মঙানগী মকোইবু। বেদ উপনিষদনা লুববা ব্রহ্মনি হায়বি ॥ ৮ ॥
মীচম্না হুমিংপু মুর্ত্তি লৈতবা মঙানগী ম কাইতা উর-গুমনা। জ্ঞানিশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীমূর্ত্তিবু উবা ফংদে মঙানতা. উই ॥ ৯ ॥

**অনুবাদ**। শ্রীব্রহ্মানাঃ জগৎব্রহ্মাণ্ড কোটিদা লোম্বা লৈতবা পৃথিবীনচিংবদা তৌবা ভমথোকপনা তোঙান-তোঙান্না লৈবা, মক্কুবা লোমদবা ভমথৈ নাইদবা মতিক চাওরবা মহাক্তো শ্রীগোবিন্দগী হকচাংগী মঙাল্লি, অদুগুম্বা শ্রীগোবিন্দবু ঐনা নিংজরি। ইতি ॥ ৫ ॥
জগৎব্রহ্মাণ্ড কোটি-কোটিবু মাগী তৌবা ভম্বনা ওইবা। ব্রহ্মাদো শ্রীগোবিন্দগী হকচাংগী মঙাল্লি ॥১০॥ শ্রীগোবিন্দবু ঐনা নিংজবি ঐগী ইবুঙোনি। মাগী থৌজান্না ব্রহ্মা ঐনা জগৎপু শেম্বনি ॥১১॥

শ্রীভগবতগীতায়াং ১০। ৪২

অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন। বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেন স্থিতো জগৎ ॥ ৭ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ১।৯।৪২

তমিমমহমজং শরীরভাজাং হৃদি হৃদিধিষ্ঠিত মাত্মকল্পিতানাং।
প্রতিদৃশমিব নৈকধার্কমেকং সমধিগতে হস্মি বিধুতভেদমোহঃ ॥ ৮ ॥

**অন্বয় ঃ**—অথবা—অমসুং, অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন, এতেন—অসিগুম্বা তাকলিবা, বহুনা - ময়ামসি, জ্ঞাতেন—খংবনা, তব—নংগী, কিং - করি কান্ননি, অহং - ঐনা, একাংশেন—অংশ অমত্তনা,ইদং - অসুম্বা, কৃৎস্নং - য়ামলবা, জগৎ-জগৎসি, বিষ্টভ্য - শিনথুংনা, স্থিতঃ—লৈরিবনি নংনা খংউ। ইতি ॥ ৭ ॥

**অন্বয়ঃ**।- প্রতিদশং—মিৎ খুদিংগী, নৈকধা—তোডান তোডান্না উবগুম্না, একং—অমতা ওইবা, অর্কঃ - নুমিৎপু, ইব - তৌবগুম্না। আত্মকল্পিতানাং—মহাক্না শেম্বা শরীর ভাজাং—হকচাং ওইবা জীবশিংগী হৃদি হৃদি - থমোই খুদিংদা, ধিষ্টিতং—লৈবা, তং—অহুগুম্বা, ইমং - অসিগুম্বা, অজং—পোকপা নৈতবা, ( শ্রীকৃষ্ণবু ) বিধুতভেদ মোহঃ অতোপ্পা অডকপবু কোকলবা, অহং - ঐনা, সমধিগতঃ—চংখোন্ন। ফংববু অস্মি - ওইরি। ইতি ॥ ৮ ॥

**অনুবাদ**।—শ্রীউদ্ধবনা - মুনিশিংনা মাইকৈনা ফি ওইবা রাজরবা উদ্ধরেত ওইবা, তপস্যবা মক্তবা সন্যাসশিংনা ইবুংঙোগী ব্রহ্ম কৌবা মডালবু ফংই। ইতি ॥ ৬ ॥

যোগগী লাইরিক্না মাবু অন্তর্য্যামী কৌবা। মদো শ্রীগোবিন্দগী হস্থবা ঐশ্বর্য্যনা ওইবনি ॥ ১২ ॥

নুমিৎকী মশিং নাইদবা ডাম্বোকপা মশেক্না ডানবগুমনা জীবগী থম্মোইদা শ্রীগোবিন্দগী অংশনা ( হস্থবনা ) পরমাত্মা ওইহুনা লৈ ॥ ১৩ ॥

**অনুবাদ ঃ**। - অমসুং হে অর্জ্জুন। অসিগুম্বা হায়রিবা ময়ামসিনা থংউবগী নংগী করি কান্ননি, ঐনা অংশ অমত্তনা অসুম্বা য়ামলবা জগৎসি শিনবা থুংনা লৈবনি নংনা থংউ। ইতি ॥ ৭ ॥

**অনুবাদ ঃ**।—ভীষ্মন - মিৎ খুদিংগী তোডান তোডান্না উবগুম্না অমত্তা ওইবা নুমিৎপু তৌবগুমনা, মহাক্না শেম্বা হকচাং ওইবা জীবশিংগী থম্মোই খুদিংদা লৈবা, অহুগুম্বা, অসিগুম্বা পোকপা নৈতবা শ্রীকৃষ্ণবু অতোপ্পা অডকপবু কোকলবা ঐনা চংখোন্না ফংববু ওইরি। ইতি ॥ ৮ ॥

শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যমক ওইরে। জীববু লানবিগদবদা শ্রীচৈতন্য নত্তনা লৈতে ॥ ১৪ ॥

পরব্যোমদা লৈবা পূর্ণভগবান নারায়ণদা। তৌবা ভমথোক্পা তকক্না থনবা শ্রীলক্ষ্মীগী মবুংঙোদো ॥১৫॥

অহুবু শ্রীভাগবত্তা বেদউপনিষত্তা আগমনচিংবন্না। তম্রনা মহাকপু পূর্ণতত্ত্বনি মান্নবা লৈতে হায়বা ॥১৬॥

বৈধি ভক্তি চৎপা, মনাইনা মহাকী মশকপু উবা ফংই। লাইশিংনা নুমিৎকী অশেংবা মশক উবগুম্না ॥১৭॥ অহুগা জ্ঞান্না যোগনা মাবু নিংজবশিংনা। ব্রহ্মনি-আত্মাগী মশকনি, হায়না মাবু থংনরি ॥১৮॥

তোপ্পা তোপ্পা নিংবনা ঈশ্বরবু তোপ্পা তোপ্পা ফংই। মরম অহুদগী নুমিত্তা মাগী চাংদম পীরি ॥১৯॥

অহুগুম্বা শ্রীনারান্দো শ্রীকৃষ্ণগী তোডান্দবা বিলাসনি (তোপ্পনি) মশক অমত্তনি, তৌইগুম্বসুং মওংডি তোপ্পনি ॥ ২০ ॥ মহুদি শ্রীকৃষ্ণনা খুৎ অনি, শ্রীনারায়ণনা খুৎ মরি পাল্লি। শ্রীকৃষ্ণনা বংশী পায়, শ্রীনারায়ণনা চক্রনচিংবা মরি পায় ॥ ২১ ॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।১৪।১৪

**নারায়ণস্ত্বং নহি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী ।**
**নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়নাত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া ॥ ৯ ॥**

শ্রীলঘুভাগবতামৃতে, পূর্ব্বখণ্ডে, ১৮ শ্লোক

**বিরাট্ হিরণ্যগর্ভশ্চ কারণঞ্চেত্যুপাধয়ঃ । ঈশস্য যৎ ত্রিভির্হীনং তুরীয়ং তৎ প্রচক্ষতে ॥১০॥**

---

**অন্বয়ঃ** ।—ত্বং—নংনা, নারায়ণঃ—শ্রীনারায়ণবু, নহি—ওইদবরা মাস্নি, সর্ব্বদেহিনাং—হকচাং পানবা জীবশিংগী, আত্মা অন্তর্যামীদো, অসি—নংনি, অধীশ—হে ইবুঙেঙা ত্বম্—নংনা, অখিললোক সাক্ষী—পুম্নমক্কী অথংবনি, নরভূজলায়নাৎ—শ্রীঅঙ্গদগী পোকপা ঈশিংদা লৈবনা অমসুং জীবগী থমোইদা লৈবদগী, নারায়ণঃ—শ্রীনারয়ণ কৌবদো, তব—নংগী, অঙ্গ—হস্তবগী মশকনি, তৎ—অঙ্গদো, তব নংগী, মায়া—লেপ্পুবা মায়া, ন—নত্তে, অরেপ্পনি । ইতি ॥ ৯ ॥

**অন্বয়ঃ** ।—বিরাট—অচৌবা, চ—হন্না, হিরণ্যগর্ভঃ—মচা, চ—হন্না, কারণং—মায়া, ইতি—অহুম-মক্সি, ঈশস্য—ঈশ্বরগী, উপাধয়ঃ—মায়াগী মশক্কা লোইনবনি, ত্রিভিঃ—মায়াগী মরিলৈবা অহুমসিনা, হীনং—ওইদবা, যৎ—অহুগুম্বা থোইদোকপা, তৎ—মদো, তুরীয়ং—তুরীয় ( অহুমগী চংজফম মরিগুবা হায়না ) প্রচক্ষতে—চংথোন্না হায়বি । ইতি ॥ ১০ ॥

---

**অনুবাদ** ।—ব্রহ্মানা নংনা শ্রীনারায়ণবু ওই-দববা ওই, মরমদি হকচাং পানবা জীবশিংগী অন্ত-র্য্যামীদো নংনি হে ইবুংঙো । নংনা পুম্নমক্কী অথংবা সাক্ষীনি, শ্রীঅঙ্গদগী পোকপা ঈশিংদা লৈবনা, অমসুং জীবগী থম্মোইদা লৈবদগী শ্রীনারায়ণ কৌবদো নংগী অংশগী মশকনি, অংশদো নংগী লেপ্পুবা মায়া নত্তে অরেপ্পনি । ইতি ॥ ৯ ॥

শ্রীকৃষ্ণবু থৌওইদনা ব্রহ্মানা গোপ মনাওশিংবু হুরুবদা । আপবাধ ভাক্পীনবা থৌজানবিযু কৃষ্ণদা ব্রহ্মানা হায়জখি ॥ ২২ ॥ নংগী থোইদো থম্মান্দগী ঐনা পোকপনিনা । ইবুঙেঙোনা ইপানি ঐনা অপং-বা নচানি ॥ ২৩ ॥ মমা-মপানা মচাগী অপরাধ দোষ লৌনদে । অপরাধ ভাকপীয় লাম্লে ঐঙোন্দা থৌজানবিয়ু হায়জবদা ॥২৪॥ শ্রীকৃষ্ণনা খুম্মী ব্রহ্মা নপাদি শ্রীনারায়ণনি । গোপ ঐনা নংবু করমনা ইচা ওইগনি ॥ ২৫ ॥ ব্রহ্মানা হায় ইবুঙেঙোনা নারায়ণদো কন্নি ওইরোই । নংনা নারায়ণনি ওইবা মরমদো তাবিযু ॥ ২৬ ॥ অচম্বা চম্দবা শেমতোক-লকপা অয়াম্বা জীবগী মশক । পুম্নমক্কী অহুগুম্বা আত্মাতুগী নংনা পোকফম মরূনি ॥ ২৭ ॥ চফুগী পৃথিবীনা পোকফম ওইবা-গুম্না । ইবুঙোনা জীব-শিংগী পোকফমনি পুম্নমক্কী চংজফমনি ॥ ২৮ ॥ নার হায়বনা জীবগী মপৈবু হায়বনি । আয়ণ—হায়বদি জীবগী চংজফমবু হায়বনি ॥ ২৯ ॥ মরম অদুনা নার+আয়ণ, নংনা ওইরে নংনা মূল নারায়ণনি । তাবিযু অনিগুবা মরম অমসু হায়জগে—মহুদি ॥৩০॥ জীবগী ঈশ্বরদি পুরুষ অবতারনি মখোয়না । ইবুঙেঙোদগী ওইবনি মখোয়দগী নতিক্লা হেন্নি ॥৩১॥ মরম অদুনা অথোইবা মবুঙেঙোনি পুম্নমক্কী মপানি । নংগী শক্তিনা মখোয়না জগৎপু ভাক্পনি ॥ ৩২ ॥ জগৎ ভাক্পা নারায়ণশিংবু ইবুঙেঙোনা ভাকলি । মরম অদুনা পুম্নমক্কী মপানি পোকফম মবুঙেঙোনি ॥ ৩৩ ॥ হে শ্রীকৃষ্ণ ! অহুমগুবা মরম্ তাবিযু হায়জগে । মশিং নাইদবা ব্রহ্মাণ্ড বৈকুণ্ঠনচিংবা

শ্রীমদ্ভাগবতে ১। ১১। ৩৯

**এতদীশনমীশস্য প্রকৃতিস্থোঽপি তদ্গুণৈঃ ন যুজ্যতে সদাত্মস্থৈর্যথাবুদ্ধিস্তদাশ্রয়া ॥ ১১ ॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে ১।২। ১

**বদন্তি তত্তত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্জ্ঞানমদ্বয়ম্। ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে ॥ ১২ ॥**

**অন্বয়ঃ**।—ঈশস্য—ঈশ্বরগী, এতৎ—মসি, ঈশনং—মতিক্নি, প্রকৃতিস্থঃ—মায়াদা লৈনা, অপি—মকপু, তৎগুণৈঃ-মায়াগী মগুন্না, সদা—মতম লৈবা থিবিক্তা, নযুজ্যতে—শোক্তে, যথা—তৌবগুম্না, তদা শ্রয়া—ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণদা চংজবা, বুদ্ধিঃ লৌশিংনা, আত্মস্থৈঃ—মাগী দেহদা লৈবা অরাবা মুংডাইবনা, নযুজ্যতে—শোক্তবা, তথা—তৌবগুম্বনি। ইতি ॥ ১১ ॥

অয়াম্বা লৈফম ॥ ৩৪ ॥ জীব অমস্তুং নাবায়ণশিংগী কাল্ অহুম্গী থবক্। থিবিকপু নংতনা উই-যেংই অথুম্বব্ পুম্নমকপু থংই ॥ ৩৫ ॥ ইবুঙেডানা য়েং-থিবনা জগৎ পুম্নমক হিংতুনা লৈবি। নংনা য়েংবিদ্রবদা কনা অমতনা লৈবা ডম্লোই ॥ ৩৬ ॥ পুম্নমক্ য়েংবিবা নাবায়ণগী চংজফম ওইবনা। অহুম গোপ ওইদনমক্পু নংনা পুম্নমক্কী মপানি ॥৩৭॥ শ্রীকৃষ্ণনা হায় হে ব্রহ্মা! নংনা করিস্থু থংদনা হায়রে। হায়রিবা জীবগী থম্মোইদা অমস্তুং ঈশিংদা লৈবা নারায়ন্দো ঐ নত্তে ॥ ৩৮ ॥ ব্রহ্মানা হায়—ঈশিংদা জীবগী থম্মোইদা লৈবা নারাযন্দো। নংভোন্দগী থাইদোকপা অংশনি হায়বসি অরেপ্পনি ॥৩৯॥ মহাবিষ্ণু ক্ষীরোদশায়ী-গর্ভোদকশায়ী-অহুম সিনা। মায়াগা লোইননা জগৎ শেম্মী অতুনা মায়াগা মরি লৈনৈ ॥ ৪০ ॥ অহুম্সিনা ঈশিংদা লৈবনি পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামীনি। মহাবিষ্ণুনা ব্রহ্মাণ্ড মন্নামগী অন্তর্য্যামীনি আত্মানি ॥ ৪১ ॥ গর্ভোদ-শায়ীনা ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর অহুম্গী অন্তর্য্যামীনি। ক্ষীরোদ শায়ীনা অকুপ্পা জীবশিংগী অন্তর্য্যামীনি ॥ ৪২ ॥ পুম্নমক্ক য়েংবনা অহুম্মক্কী মায়াগা মরি লৈনৈ। অহুমগী পোক্ফম শ্রীকৃষ্ণদি মায়া পক্তে তুরীয়নি ॥ ৪৩ ॥

**অনুবাদ ঃ**—অহৌবা অমস্তুং মচা অমদি মায়া, অহুম্মকসি ঈশ্বরগী মায়াগী মশক্কা লোইনবনি। মায়াগী মরি লৈনবা অহুমসিনা ওইদবা অতুগুম্বা থোইদোকপা মদো তুরীয় ( পুরুষ অহুম্গী চংজফম মবিশুবা ) হায়না কৌই। ইতি ॥ ১০ ॥

তৌইগুম্বস্তুং পুরুষ অহুমগা মায়াগা লোইননা জগৎ শেম্মী। পুম্নমক্কা মায়াগা লোইনতুনমকপু মায়ান শোক্তে, পুরুষ অহুম্দা মাযাগী রাংমনি ॥৪৪॥

**অনুবাদ ঃ**—ঈশ্বরগী অসিগুম্বসি মতিক্নি মতুদি মায়াদা লৈতুনমকপু মায়াগী মগুন্না মতম লৈবা থিবিক্তা শোক্তে। তৌবগুম্না হায়বদি ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণদা চংজবা লৌশিংনা লৈবা মাগী দেহদা অরাবা মুংডাইবা থিবিক্তা শোক্তবগুম্বনি। ইতি॥১১॥

হায়রিবা পুরুষ অহুমগী ইবুংঙোনা থোইদোকনা চংজফম অমস্তুং পোকফমনি। নংনা নারায়ণগী পোকফম্নি হায়বদা করি চিংনগনি ॥ ৪৫ ॥ পুরুষ অহুম অতুগী পোকফম পরব্যোমগী নরায়ণনি। পর-ব্যোমনাথনা নংগী বিলাসনি নংনা মাগী পোকফম্নি ॥ ৪৬ ॥ পরব্যোমনাথ নারায়নদো ব্রহ্মাগী রাহৈ অসিনা। মানা শ্রীকৃষ্ণগী বিলাসনি শ্রীকৃষ্ণনা অংশীনি হায়বা মশক অসি লেপপী ॥ ৪৭ ॥ হায়রিবা শ্রীভাগবতকী মচি ওইবা শ্লোক অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা অরেপ্পা মূলতত্ত্বনি হায়বা তাকলি। নারায়ণস্তুং রাক্বা শ্লোককী অরেপ্পা রাহৈনা পুম্নমক্না রারেনগনি ॥ ৪৮ ॥

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১।৩।২৮

**এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্ ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে ॥১৩॥**

তথাহি—কাব্যপ্রকাশালঙ্কারে, একাদশীতত্ত্বে চ।

**অনুবাদমনুক্ত্বা তু ন বিধেয়মুদীরয়েৎ। ন হ্যলব্ধাস্পদং কিঞ্চিৎ কুত্রচিৎ প্রতিতিষ্ঠতি ॥১৪॥**

**অন্বয়ঃ** ।—এতেচ—অবতারশিংদো, পুংসঃ—পুরুষগী, অংশকালাঃ—অংশকাঙ্গা ডাক্তুনি, তু-অবতারশিংদগী অতোপ্পনি, শ্রীকৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা অবতারীনি, স্বয়ংভগবান্—মতোমতনা ওইবা স্বয়ংভগবান্নি অংশীনি, ইন্দ্রারিব্যাকুলং—হিংচাবনচিংবনা য়াহল্লবা, লোকং—জগৎপু, যুগে-যুগে—যুগথুদিংদা, মৃড়য়ন্তি—মুংঙাইহল্লি। ॥১৩॥

**অন্বয়ঃ** ।—অনুবাদং—মশক খংহনববু, অনুক্ত্বা—হায়দনা, তু—হান্না, বিধেয়ং—খংগদবা মশকপু, নউদীরয়েৎ—হায়ফদে, অলব্ধাস্পদং—লৈফম লৈতবা, কিঞ্চিৎ—করিগুম্বা মশক অমত্তনা, কুত্রচিৎ—করিগুম্বা মফমদস্থ, নহিপ্রতিষ্ঠতি—লৈতে। ইতি ॥ ১৪ ॥

**অনুবাদ** ।—তৌরিবা অবতারশিংদো পুরুষগী অংশনা কালানা পোকৃপা ডাক্তুনি। অবতারশিংদগী অতোপ্পনি শ্রীকৃষ্ণনা অবতারীনি অংশীনি। শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নি মতোমতনা ওইবনি। প্রেম ভক্তি রসতা চাবনি শ্রীকৃষ্ণদি অতৈ তৌদে, অবতারশিংনা যুগ থুদিংগী ফত্তবা হিংচাবা হাত্তুনা অফবা ধর্ম্মবু লিংখৎতুনা, য়ারবা জগৎপু মুংঙাইহল্লি ॥১৩॥

অয়াম্বা অবতারশিংগী অচম্বা মায়াগা মরি লৈনবা মশক্কি। অবতারশিংগী মবক্তা শ্রীকৃষ্ণবু শিংথারবদি ॥৫৫॥ মতম অতুদা সূতগী পুরিংদা য়ামনা অকিবা ফংনি। শ্রীসূতমুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু শ্রীভাগবত্তা লেপ্পী ॥৫৬॥ অবতারশিংদো পুরুষগী অংশনা কালানা পোকৃপা ডাক্কি। অবতারদগী অতোপ্পনি শ্রীকৃষ্ণনা অবতারীনি (অবতারশিংগী পোকৃনফম চংজনফম্নি) স্বয়ং ভগবান্নি। মতোমতনা ওইবনি ॥৫৭॥ হায়বা য়াফমসিদা অয়েৎপনা হায়রো ফরেদা। পরব্যোম নাথ শ্রীনারায়ণনা স্বয়ং ভগবান্নি ॥৫৮॥ মানা লাক্তুনা ব্রজদা পোকপা শ্রীকৃষ্ণনি হায়রবদা। হায়রিবা অর্থদো ব্রহ্ম আত্মা-ভগবান অহুমসি শ্রীকৃষ্ণগী শাস্ত্রবা মশকনি। খংগদবা শ্রীকৃষ্ণবু খংদনা অতোপ্পা খংবদো মুর্খ কৌই ॥৪৯॥ শ্রীনারায়ণনা অংশীনি শ্রীকৃষ্ণনা অংশনি হায়বা। শ্রীনারায়ণনা পাস্বোম্ মরিনি শ্রীকৃষ্ণনা মীগী মশকনি ॥৫০॥ মতৌ অসুমনা অংশী অংশ ওয়বা অয়াম্বা চুমদবা মতনা য়েংলবদা। শ্রীভাগবতকী অচুম্বা অকনবা য়াহৈনা অয়েৎপবু ককৃথৎকনি শ্রীকৃষ্ণবু অংশীনি লেপকনি ॥ ৫১ ॥

## ১২, শ্লোকী: আঃ ।২।৪, শুবা শ্লোক্তা য়েংউ

**অনুবাদ** ।—(অনিশুদবা মাবু খংনবা মদো তত্ত্ব কৌই। তত্ত্ব খংবশিংনা হায়বি, মহুদি ব্রহ্ম, আত্মা, ভগবান্, কৌই অসুম্না হায়বি। ইতি ॥১২॥

হে ইচিন ইনাওশা! তাও শ্লোক অসিদা অরেপপা খল্লু। শ্রীকৃষ্ণনা অরেপ্পনি অহুমনা কৃষ্ণগী মশক তাকলি ॥৫২॥ অনিশুদবা খংগদবা অরেপ্পা মশক্তি শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তুনি। ব্রহ্ম-আত্মা-ভগবান, অহুমদো শ্রীকৃষ্ণদগী পুথোকৃপনি ॥৫৩॥ হায়রিবা শ্লোকী অর্থদা লংনা অতোপ্পা হায়বা য়ারোই। অমুক্ হন্না তাও শ্রীকৃষ্ণনা অংশীনি হায়বা শ্রীভাগবতকী য়াহৈদো ॥৫৪॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ২।১০।২

অত্র সর্গো বিসর্গশ্চ স্থানং পোষণমূতয়ঃ। মন্বন্তরেশানুকথা নিরোধো মুক্তিরাশ্রয়ঃ॥
দশমস্য বিশুদ্ধ্যর্থং নবানামিহ লক্ষণম্। বর্ণয়ন্তি মহাত্মানঃ শ্রুতেনার্থেন চাঞ্জসা॥১৫॥

**অন্বয়ঃ**।—অত্র—শ্রীভাগবতা, সর্গঃ—শ্রীভগবান্দগী পুন্নমক শেম্বগু অচৌবা বিরাট পোকপবু সর্গ কৌই, স্থানং—অবেপ্পদা লৈবা, পোষণং—য়োকপা, উতয়ঃ—কর্ম্মগী পুকচেন, মন্বন্তর—অরেপ্পা ধর্ম্ম, ঈশানুকথাঃ—ঈশ্বরগী ভক্তগী ভক্তিগী রাফম, নিরোধঃ—শ্রীহরিনা তুম্বা, মুক্তিঃ—অরেপ্পা মশকপু ফংবা চ—অমসুং আশ্রয়ঃ—পূম্নমক্কী থোকফম্ তিন্ ফম, মহাত্মাণঃ—অথংবশিংনা, ইহ—শ্রীভাগবতা, দশমস্য—তবাগুবা আশ্রয় হায়বসিগী, বিশুদ্ধার্থং—লেপ্পা মশক থংনবগীদমক, চ—হন্না, নবানাং—মাপনগী, লক্ষণম্—মশক তাক্পবু, শ্রুতেণ—শ্রুতিমক্তনা, অর্থেণ—অরেপ্পামক্তনা, অঞ্জসা—সংসংনা, বর্ণয়ন্তি—হায়রি। ইতি॥১৫॥

শ্লোক্তা য়েংবদা কবি অমুক লেপকনি॥৫৯॥ অয়েৎপদা হায়বি করিগীদমক্ অচুম্ববু পম্নবা খল্লিবা। লাইরিক্কী অপন্‌বা অর্থচুনা কবিগুম্বদা থংফরোই॥৬০॥

**অনুবাদ**:।—অথংবা মশকপু হায়দনা হান্না থংদবা মশকপু হায়ফদে। লৈফম লৈতবা করিগুম্বা মশক্ অমতনা, করিগুম্বা মফমদসু লৈতে। ইতি॥১৪॥

অথংববু হায়দনা থংদববু হাননা হায়ফদে। হান্না অথংববু হায়গনি মতুংদা থংদববু হায়গনি॥৭১॥ থংদবা মশকৃতো মাবু বিধয় কৌই। অথংবা মশকৃতো মাবু অনুবাদ কৌই॥৬২॥ হায়রিবা মতুদি ব্রাহ্মণ অসি অথোইবা পণ্ডিতনি। রাইহে অসিগী ব্রাহ্মণনা অনুবাদনি পণ্ডিতনা মাগী বিধেয়নি॥৬৩॥ ব্রাহ্মণনা অথংবনি পণ্ডিতনা মাগী থংদবনি। মরমসিনা ব্রাহ্মণনা হান্না পণ্ডিতনা কোন্না হায়রি॥৬৪॥ অতুগুম্‌না শ্লোক অসিদা অয়াম্বা অবতারশিং অথংবনি। কনাগী অবতারনো হায়বা অবতারীগী মশক্তো থংদবনি॥৬৫॥ এতে, হায়বনা অবতারশিংগী অথংবা মশকপু হান্না হায়রি। (পুরুষগী অংশশিং) হায়বনা থংদবনি কোন্না হায়রি॥৬৬॥

অতুগুম্না থংবা ওইনা অবতাবগী মমুংদা শিংথারবা শ্রীকৃষ্ণবু মহাত্মা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু থংদবা ওইরে॥৬৭॥

মরম অতুনা কৃষ্ণনা অনুবাদনি হান্না হায়রি। স্বয়ং ভগবত্তনা বিধেয়নি, কোন্না মাবু হায়রি॥৬৮॥ মরম অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা অথংবনি হান্না হায়রি। স্বয়ং ভগবত্তনা থংদবনি অতুনা কোন্না হায়রি॥৬৮॥ অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবত্তনি হায়বসি লেপলে। স্বয়ং ভগবান্‌গী কৃষ্ণনি হায়রবদি চুমদরে॥৬৯॥ মতম্‌সিদা শ্রীনারায়ণনা অংশীনি অংশদগী পোক্পা শ্রীকৃষ্ণনি হায়বা মতমসিদা শ্রীসূতমুনিগী রাইহেদগী ওন্নরে মতু হায়ফদে॥৭০॥ শ্রীনারায়ণনা স্বয়ং ভগবান্ অংশীনি হায়রগা, শ্রীকৃষ্ণনা নারায়ণগী অংশনি হায়রবদি॥৭১॥ অওকৃপা ফিংকংপা নম্‌থংপা মফম মরাং থংদবনচিংবা। কোম মন্নসি ওইরে রাইহেদো অতম্বগী থংবা ওইদ্রে॥৭২॥ যে অয়েৎপা নংনা হায়বদো অপন্‌বা চুম্‌দবনি হায়রগা সাওত্রা? নংগী অর্থদো (রাইহেদো) অচৌ-শিনবু কায়বা থংদবা ওইরে॥৭৩॥ শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্‌গী অতোপ্পনা ভগবত্তা ওইবনি। শ্রীকৃষ্ণ মতোম্‌কম্না স্বয়ং ভগবান্‌নি অতৈদদি ওইদে॥৭৪॥ প্রমাণনি

ভাবার্থদীপিকায়াং স্বামিনোক্তং - ১০।১।১

**দশমে দশমং লক্ষ্যমাশ্রিতাশ্রয়বিগ্রহম্। শ্রীকৃষ্ণাখ্যং পরং ধাম জগদ্ধাম নমামি তৎ ॥১৬॥**

**অন্বয়ঃ**।—দশমে—দশমস্কন্ধদা, লক্ষ্যং—থংহল্লিবা, দশমং—তরাশুবা, আশ্রিত আশ্রয় বিগ্রহং—চংজফমগী চংজফম, শ্রীকৃষ্ণাখ্যং—শ্রীকৃষ্ণ কোবা, তৎ—মানা, পরং—পুম্নমক্কী অংখোইবা, ধাম—মফম ওইবা, জগৎ ধাম—পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু, নমামি—ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥১৬॥

থাংমৈ অমদগী চমথোক্পা ভাল্লিবা থাংমৈ ময়ামগুম্না থাংমৈশিংতুগী চম্ফম্ মক্ম অমা লৈবগী মতৌগুম্না ॥৭৫॥ অবতারশিংগী পোকৃফম্ মক্ম অবতারীদো শ্রীকৃষ্ণনি। চুমদবা ফত্তবা রাহৈ ককৃপা অচুম্বা শ্রীভাগবতকী শ্লোক অমা ভাও ॥৭৬॥

**অনুবাদ**:—শ্রীভাগবত্তা শ্রীভগবান্দগী অচৌবা শেম্বা, ব্রহ্মাগী জগৎ শেম্বা, অবেপ্পদা লৈবা, য়োকপা, কর্ম্মগী পুকচন, অবেপ্পা ধর্ম্ম, ঈশ্বর অমসুং ভক্তগী ভক্তিগী রাফম, শ্রীহরিনা তুম্বা, অবেপ্পা মশকপু ফংবা, অমসুং পুম্নমক্কী থোকফমতিন্নফম অংশী। অথংবশিংনা শ্রীভাগবত্তা তরাশুবা আশ্রয় হায়বসিগী লেপ্পা মশক থংনবগীদমক মশক মাপনগী মশক তাকপবু অবেপ্পা—শ্রুতি মক্কুনা হায়রি। ইতি ॥ ১৫ ॥

আশ্রয়বু থংনবগীদমক্ মশক মাপনবু হায়বনি। স্বর্গনচিংবা মাপন্গী পোফম তিনফম আশ্রয় অসিনি ॥৭৭॥ শ্রীকৃষ্ণ মতোম্নতনা পুম্নমক্কী থোকফমনি তিন্ফম্ লৈফম্নি। শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা জগৎ পুম্নমক্কী লুংভাইফম্ লৈফম্নি ॥ ৭৮ ॥

**অনুবাদ**:—শ্রীভাগবতগী তরাশুবা স্কন্ধদা থংহল্লিবা তরাশুবা চংজফমগী চংজফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ কোবা মানা পুম্নমক্কগী অংখোইবা মফম ওইবা পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥ ১৬ ॥

শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ময়াম্না অমদি শক্তি অহুম্না থংই। থংনরিবা অহুনা থংগ্রবদা মীচুপী শ্রীকৃষ্ণদা থংদরে ॥ ৭৯ ॥ মতুদি শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপতো মশক তরুক থোক্লা শানৈ। প্রাভব (ভাহাক্মগী) বৈভব (অকুইবগী) প্রকাশ অনি অসিনি, শ্রীকৃষ্ণগী প্রকাশত্তা মথন্ ২ নি ॥৮০॥ অংশ শক্ত্যাবেশ, শ্রীকৃষ্ণ অবতাবদা মথন অনিসিমা। বাল্য পৌগণ্ড শ্রীকৃষ্ণগী মীওই অনি অসিমা ॥৮১॥ শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং অবতাবীগী মীওইদি নিত্যকিশোরগী মশক্তি হায়রিবা মশক তরুক্তা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎ সংসার থম্না শান্নৈ ॥৮২॥ হায়রিবা মশক তরুক্তা মশিং থাবা ভমদনা য়ামথোকপ্লে। অয়াম্বা মশক্তা শ্রীকৃষ্ণ মতোম্তনা ওইবনি করিমত্তা কৃষ্ণদগী তোপ্তে ॥৮৩॥ শ্রীকৃষ্ণগী চিচ্ছক্তিবু স্বরূপ শক্তি কৌই অন্তরঙ্গসু কৌই। মহাক্কী মতিক্কা লোম্বা লৈতে, বৈকুণ্ঠনচিংবা ধাম্নু মানা-মশিং থিবা ভমদনা শেম্বনি ॥৮৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী মায়া শক্তিবু বহিরঙ্গ কৌই মানা জগৎপু পোকই। মহাক্কী মতিক্কা মশিং থাবা ভমদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংবু শেম্মী ॥৮৫॥ শ্রীকৃষ্ণগী জীব শক্তিবু তটস্থা কৌই মাগী মশিং লোম্বা লৈতে শ্রীকৃষ্ণগী মরু ওইবা শক্তি অহুম্, অসিদগী শিংথাবা ভমদনা মশিং য়ামথরে ॥৮৬॥ শ্রীকৃষ্ণগী স্বরূপ ময়াম্ হায়খ্রিবা, অমদি অহুমনচিংবা শক্তি ময়াম্সে। শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্কী আশ্রয়নি কৃষ্ণদা পুম্নমক্কী লৈফম্নি ॥৮৭॥ পুরুষনা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী চংজফম্নি ওইদুনসু। অহুগুম্বা পুরুষনচিংবা ময়াম্গী শ্রীকৃষ্ণনা মরু চংজফম্নি ॥৮৮॥ শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নি কৃষ্ণনা পুম্নমক্কী আশ্রয়নি। শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্কী অখোইবা মপুন্নি শ্রীভাগবতনচিংবা লাইরিকশিংদা হায় ॥৮৯॥

ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অধ্যায় ১ শ্লোকে

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ।**
**অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণঃ ॥১৭॥**

**অন্বয় ঃ** :—কৃষ্ণঃ— শ্রীকৃষ্ণনা পরমঃ— অথোইবনি, ঈশ্বরঃ—মপুনি, সচ্চিদানন্দাবিগ্রহঃ—অরেপ্পা অথংবা মুঙাইবা অহুম্না ওইবা হকচাংনি, অনাদিঃ— হান্‌বা লৈতবা, আদিঃ—পুম্নমক্তগী অহানবনি, গোবিন্দঃ— শ্রীগোবিন্দ কৌই, সর্ব্বকারণকারণং—পোকনফম্ পুম্নমক্কী পোক্লফমনি। ইতি ॥ ১৭ ॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা অথোইবনি শ্রীনারায়ণ-নচিংবা শ্রীবলরামগীসু পুম্নমক্কীসু মপুনি। অবতার নচিংবা পুম্নমক্কী মপুনি। অরেপ্পা অথংবা মুংঙাইবা অহুমনা ওইবা হকচাংনি, মাবু হানবা লৈতনা পুম্ন-মক্তগী অহানবনি। শ্রীগোবিন্দ কৌই পোকফম্ পুম্নমক্কী পোক্লফম্‌নি। ইতি ॥ ১৭ ॥

হে অয়েংপা নংনা সিদ্ধান্তশিংনা অরেপ্পা অফববু খংঙ্ক। ঐবু হোংনবা য়েংলবমকপু অরেপ্পা হায়রি ॥৯০॥ শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্কী পোকফম্ অবতারীনি। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইনা পোক্লরে মরমত্তনা শ্রীচৈতন্যনা অরেপ্প তত্ত্বগী ওমথৈনি। মাবু ক্ষীরোদশায়ীনি হায়বদা মাগী মতিক্কা করি ওইরোই অহুম্না হায়বা ভক্তগী রাহৈদো অকাইবা নত্তে। পোকফম্ ওইবনা পুম্নমকপু পোকৃই॥৯৩॥ অবতারীদা অবতার পুম্নমক লোইনা লৈ। কনানা নিংবদো, অহুম্ মওই ॥৯৪॥ শ্রীকৃষ্ণবু কনানা শ্রীনারায়ণনি হায়। কনানা শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীবামন্নী হায়রি ॥৯৫॥ কনানা শ্রীকৃষ্ণবু ক্ষীরোদশায়ীগী অবতারনি হায়। পুম্নমক্তা ওইদবা নত্তে অওইবা মক্তনি ॥৯৬॥ শ্রীকৃষ্ণবু কনানা পরব্যোমগী-নারায়ন্নী হায়। অবতারী ওইবনা শ্রীকৃষ্ণদা পুম্নমক লৈ ময়ামদো ওই ॥৯৭॥ তাবিরিবা পুম্নমক্কী চরন্দা ঐ খুকম্‌জরি। হায়রিবা সিদ্ধান্তশিংবু পুক্‌নিং চংনা তাবিয়ু ॥৯৮॥ সিদ্ধান্তনি হায়ত্তনা তনবিগনু অরেপ্পা ফংগনি। শ্রীকৃষ্ণদা পুক্‌নিং চেংশিন্‌গনি সিদ্ধান্তশিংদগী ॥৯৯॥ শ্রীচৈ-তন্যগী ওইরকপা মরূদো সিদ্ধান্তশিংদগী খংগনি। মরু ওইবা তত্ত্ব খংবদগী পুক্‌নিং চংনা নিংগনি ॥১০০॥ শ্রীচৈতন্যগী তত্ত্ববু হায়নবগীদমক্তা। সংক্ষেপ্তাকনা শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ববু হায়জরিয়ে ॥১০১॥ শ্রীচৈতন্যগী মরু তত্ত্বদো লেপনা হায়রি। মহুদি শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা পোকপনি ॥১০২॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দ ঐনা খুকমজত্তনা। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥১০৩॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতে আদি লীলাদা অরেপ্পা মশক তাবপা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী তত্ত্ব হায়বা অনিশুবা পরিচ্ছেদনি ॥

# তৃতীয় পরিচ্ছেদ

**শ্রীচৈতন্যপ্রভুং বন্দে যৎপাদাশ্রয়বীর্য্যতঃ সংগৃহ্ণাত্যাকরব্রাতাদজ্ঞঃ সিদ্ধান্তসন্মণীন্ ॥১॥**

তথাহিবিদগ্ধমাধবেঃ ১ অঃ ২য় শ্লোকঃ।

**অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুণয়াবতীর্ণঃ কলৌ সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ং।**
**হরিঃ পুরটসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ সদা হৃদয়কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ ॥২॥**

---

**অন্বয়ঃ** ।—যৎপদাশ্রয়বীর্য্যতঃ—শ্রীচৈতন্যগী চরন্দা চংজবগী পাঙ্গল্মা, অজ্ঞঃ—খংদবা ঐনা, আকর-ব্রাতাৎ—খনি ওইবা লাইবিক খিবিক্তগী, সিদ্ধান্তসন্মণীন্—মনি ওইবা সিদ্ধান্তগী মপৈবু, সংগৃহ্ণাতি—চংখোম্না খোমজনজরী, তং—অদুগুম্বা, চৈতন্য প্রভুং—শ্রীচৈতন্য প্রভুবু বন্দে—ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

---

**অনুবাদ ঃ**।— শ্রীচৈতন্যগী চরন্দা চংজবগী পাঙ্গল্মা খংদবা ঐনা, খনি ওইবা লাইরিক খিবিক্তগী, মণি ওইবা সিদ্ধান্ত খিবিকপু চংখোম্না খোমজনজরী। অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥ অহুমশুবা শ্লোকী অর্থবু হায়জরে। মরিশুবা শ্লোকী অর্থবু ভক্তশিংনা তাবিয়ু ॥২॥

**অনুবাদ ঃ**।—শ্রীকৃষ্ণনা কুইনা ব্রজগোপী নত্তনা হায়া স্বরূপী পীথিদরবা, থোইদোকনা লুরবী মধুর রসনা মশক ওইবী, মহাক্কী রাগানুগা প্রেমভক্তিবু, পীবিগে হায়বগীদমক কলিদা থোজানবিদুনা পোক্-লরবা, ফুদোংবা স্নাদগী হেনবা মঙান্ ময়ামনা ফজরবা কুচুনা নাপু ওইবা, শ্রীচৈতন্য শচীগী মচা নোংশানা মতম পুম্নমক্তা নথোইগী থম্মোইগী লোক্তা ফাওবিরসনু। ইতি ॥২॥

শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণ পূর্ণ ভগবান্না শ্রীবৃন্দাবন্দা। গোলোকী পরিবার লোইনদুনা ভত্না শাম্নরি ॥৩॥ অহুদি ব্রহ্মাগী নোংমদা শ্রীকৃষ্ণনা অমুক্থক্তং। শ্রীবৃন্দাবন্দা পোক্লুনা প্রকট লীলাবু শারে ॥৪॥

সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর, কলি, যুগসি মরিনি থংনৈ। যুগ মরি পুল্লপ পুল্লগা দিব্য যুগ কোই ॥৫॥ দিব্যযুগ হুমযুতরামাথোইনা মন্ন অমনি। মনু ১৪ দা, ব্রহ্মাগী নোংমনি ব্রহ্মাগী নোংমগী মনুংদা ॥৬॥ তরেৎশুবা বৈবস্বত কৌবা মন্বন্তরগী মনুংদা। দিব্য যুগ কুনতরেৎ হৌখরবগী মতুংদা ॥ ৭ ॥ দিব্যযুগ কুননিপানগী দ্বাপরগী মমৈদা ॥ ব্রজগা লোইননা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগী প্রকট ওই ॥৮॥ দাস্য-সখ্য-বাসল্য শৃঙ্গার-রস মরি অসিবু পুক্চেল ওইবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু থুহম্ চঞ্জে ॥ ৯ ॥ মহুদি, মনাই, মরুপ, মমা, মপা চান্নবীশিং, অসি লোইননা ব্রজদা শাম্নদুনা শ্রীকৃষ্ণনা প্রেমসিগী মথাদা রসবু চারি ॥১০॥ মনিং তমনা শাম্নবয়গা শ্রীকৃষ্ণনা থুপথরে। থুপলগা শ্রীকৃষ্ণনা পুক্নিংনা হন্না হন্না খল্লি ॥১১॥ প্রেম ভক্তিবু স্বরূপী পীথিদ্রি পীথোক্তে। প্রেম্ ভক্তি নত্তনা জগৎকী ঐবু ফংনবা অমা লৈতে ॥১২॥ ঐবু জগৎ পুম্বনা বৈধি ভক্তিনা নিংনরি। বৈধি ভক্তিনা ব্রজগী প্রেম ফংবা ঙম্দ্রে ॥ ১৩ ॥ তৌবা ঙম্বগা থংবগনা জগৎ পুম্বা য়ান্নসল্লে। প্রেম্ নত্তনা অরাংপা বৈধি ভক্তিনা ঐনা পেন্দে ॥১৪॥ তৌবা ঙম্বা থংবগা তিনবা বৈধিনা নিংবা। ভক্তশিংনা বৈকুণ্ঠদা চত্লুনা মুক্তি মথন মরি ফংই ॥১৫॥

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতায়াং ৪।৮ শ্লোকে

পরিত্রাণায় সাধূনাং বিনাশায় চ দুষ্কৃতাম্। ধর্ম্মসংস্থাপনার্থায় সম্ভবামি যুগে যুগে ॥৩॥

তত্রৈব ৩।২৪ শ্লোকে।

উৎসীদেয়ুরিমে লোকা ন কুর্য্যাং কর্ম্ম চেদহম্। সঙ্করস্য চ কর্ত্তা স্যামুপহন্যামিমাঃ প্রজাঃ ॥৪॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ৬ ২।৪ শ্লোকে

যদ্‌যদাচরতি শ্রেয়ানিতরস্তত্তদীহতে। স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে ॥৫॥

তথাহি—লঘুভাগবতামৃতে, ১৪ অঙ্কধৃতশ্লোক

সন্ত্ববতারা বহবঃ পঙ্কজনাভস্য সর্ব্বতোভদ্রাঃ। কৃষ্ণাদন্যঃ কোবালতাস্বপি প্রেমদো ভবতি ॥৬॥

**অন্বয়ঃ**।—সাধূনাং—সাধুশিংগী, পরিত্রাণায—কন্‌বীনবগীদমক, দুষ্কৃতাং—ফত্তবশিংগী, বিনাশায়—মাংনবগীদমক, চ—লেপ্পা, ধর্ম্ম সংস্থাপনার্থায়—ধর্ম্ম সন্দোক্নবগীদমক, যুগেযুগে—যুগ খুদিংদা, সম্ভব মি—ঐনা পোকই। ইতি ॥ ৩ ॥

**অন্বয়ঃ**।—অহং—ঐনা, চেৎ—মতমসিদা, কর্ম্ম—কর্ম্মবু, নকুর্য্যাং—তৌবমন্ত্রবা, তদা—মতমহুদা, ইমে—অয়াম্বা, লোকাঃ—মীশিংনা, উৎসীদেয়ুঃ—মাংলমগদবনি, চ—লেপ্পা, অহং—ঐনা, সঙ্করস্য—বর্ণ সঙ্করগী, কার্ত্তাস্যাম্—মপু ওইরমলবদি, ইমাঃ—অসিগুম্বা, প্রজাঃ—প্রজা অপুম্বসি, উপহন্যাম্—মাংখিগদবনি। ইতি ॥ ৪ ॥

**অন্বয়ঃ**।—শ্রেয়ান্—অথোইবনা, যদ-যদ—মহু-মহুবু, আচরতি—চৎপা, তৎ, তৎ, এব—মহু মহুবু লেপ্পা, ইতরজনঃ—মীচম্না, আচরতি—মতুংইন্না চৎলি, সঃ—অথোইবা মীনা, যৎ—মহুবু, প্রমাণং কুরুতে—লেপ্পা তৌরদো, লোকঃ—অচম্বা মীনা তৎ—মহুবু, অনুবর্ত্ততে—মতুং ইন্নি। ইতি ॥ ৫ ॥

**অন্বয়ঃ**। পুস্করনাভস্য—শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংগী, সর্ব্বতঃ—পুম্নমক্না, ভদ্রাঃ—মঙ্গল পীবা, বহবঃ—অয়াম্বা, অবতারাঃ—অবতারশিংনা, সন্তু—লৈসনু, কিন্তু—তৌইগুম্বসুং, কৃষ্ণাৎ—শ্রীকৃষ্ণদগী, অন্যঃ—অতোপ্পা, কোবা—কনানা, লতাসু—উরী য়োনা, অপি—অমসুং-শিনথুংনা, প্রেমদঃ—প্রেমবু পীবা, ভবতি—ওইবগে ওইদে। ইতি ॥ ৬ ॥

মহুদি শ্রীনারায়ণগা মান্নবা, মান্‌বা, নরুবা, লৈমীম্নবসিনি। শ্রীঅঙ্গদা তিনবদি স'যুজ্যানি ভক্তশিংনা লৌনদে ॥ ১৬ ॥ অহনা যুগকী ধর্ম্ম নাম সংকীর্ত্তনবু য়েন্থোকলগে। রস মরিনা তিনবা ভক্তি পীবগে জগৎপু জগোই শাহনগে ॥১৭॥ পীনবগীদমক ঐনা ভক্তভাব লৌরগে ভক্ত ওইনা পোক্কে। ঐনা ভক্তি চৎকে পুম্নমক্না তম্বীগে ফংহনগে ॥১৮॥ ঐনা ভক্তি চৎত্রবদি ভক্তি ধর্ম্মদো তাকপদা চংলোই। হায়বা অসিগী সিদ্ধ ন্তদী গীতা ভাগবত্তা শরুই ॥১৯॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীকৃষ্ণনা-সাধুশিংগী কন্নবগীদমক, ফত্তবশিংগী মাংনবগীদমক লেপ্পা ধর্ম্ম সন্দোক্নবগীদমক যুগ খুদিংদা ঐনা পোকই। ইতি ॥ ৩ ॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণ ঐনা মতম অসিদা কর্ম্মবু তৌরমত্রবা. মতম অহুদা অয়াম্বা মীশিংনা মাংলমগদবনি, লেপ্পা ঐনা বর্ণ সঙ্করগী মপু ওইরমলবদি অসিগুম্বা প্রজাশিংসি মাংখিগদবনি। ইতি ॥৪॥

**অনুবাদ**ঃ—অথোইবা মীনা মহু মহুবু চৎপা মহু মহুবু লেপ্পা অচম্বা মীনা মতুং ইন্না চৎলি,

তথাহি – শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৮।৯ শ্লোকঃ

**আসন্ বর্ণাস্ত্রয়োহ্যস্য গৃহ্ণতোঽনুযুগং তনূঃ। শুক্লোরক্তস্তথাপীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গত ॥৭॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।৫।২৫ শ্লোকঃ

**দ্বাপরে ভগবান্ শ্যামঃ পীতবাসা নিজায়ুধঃ। শ্রীবৎসাদিভিরঙ্কৈশ্চ লক্ষণৈরুপলক্ষিতঃ ॥৮॥**

**অন্বয়ঃ**।—অনুযুগং—যুগ খুদিংদা, তনূঃ—হকচাং থিবিকপু, গৃহ্ণতঃ—লৌরিবা, অস্য—মচাসিগী, হি—লেপ্পা, শুক্লঃ—অঙৌবা, রক্তঃ—অঙাংবা, তথা—অহুগুম্না, পীতঃ—নাপু ওইবা, ত্রয়ঃবর্ণাঃ—মচু অহুম্না, আসন—ওইখ্রে, ইদানীং—হৌজিক দ্বাপরদা, কৃষ্ণতাং—অমুবগী কুচুবু, গতঃ—ফংঙরে। ইতি ॥ ৭ ॥

**অন্বয়**ঃ—দ্বাপরে—দ্বাপরদা, ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণনা, শ্যামঃ—সংবানবা কুচুনা ওইবা, পীতবাসঃ—স্না ফিগে থোনবা, নিজায়ুধঃ—চক্রনচিংবা থুলাই থোনবা, শ্রীবৎসাদিভিঃ থবাক্তা তুরৈ হঙৎপা, অঙ্কৈঃ—খুদম থিবিক্লা, লক্ষণৈঃ—খংহল্লবা থিবিক্লা, চ—লেপ্পা, উপলক্ষিত—খংনৈ। ইতি ॥ ৮ ॥

অথোইবা মীনা মহুবু লেপ্পা তৌবদো, অচম্বা মীনা মহুবু মতুং ইল্লি। ইতি ॥ ৫ ॥

যুগধর্ম্মবু সন্দোকপদি অংশদগী পোকপা যুগ অবতাবনি। কৃষ্ণ ঐ নত্তনা অতোপ্পা অমনা ব্রজগী প্রেম পীবা ঙমদে ॥২০॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংগী পুম্নমক্তা, মঙ্গলবু পীবা অয়াম্বা অবতারশিংনা লৈসহ্নু। তৌইগুম্বস্নুং শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্পা অবতার—কনানা উরী-য়ৌনা অমস্তুং শিনবা থুংনা প্রেমবু-পীবগে পীদে! ইতি ॥৬॥ মবম অহুনা শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ংনা ভক্তশিংগা লোইননা, পৃথিবীদা য়াম্না হরাওনা, পোকল্লুরগে ॥২১॥ অসি থম্দুনা কলিগী অহানবা যুগ হৌবদা। শ্রীকৃষ্ণনা নদীয়াদা পোকলরে ॥ ২২ ॥ শ্রীনবদ্বীপতা পোক্লরবা চৈতন্য নোংশাগী। উকশম্ নোংশানি পাজল নোংশানি ভংবা নোংশানি ॥ ২৩ ॥ জীবগী থম্মোইগী লোক্তা চৈতন্য নোংশানা লৈবিসহ্নু। মাগী ভংবদা থম্মোইগী অম্মোংপা শামুবু মাংহল্লি ॥২৪॥ অহানবা লীলাদা মাগী মিং শ্রীবিশ্বম্ভর কৌই। ভক্তিরসদা পুল্লুনা জীবগী মপৈবু য়োকলি ॥ ২৫ ॥ 'ডু-ভৃত' ধাতুগী অর্থনা পুক্লা অমস্তুং য়োকপবু হায়। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পীহুনা ময়োল্-অহুম্বু পুল্লুনা য়োক্লি ॥ ২৬ ॥ শ্রীচৈতন্য কৌহুনা শেষ লীলাদা শাগ্লে। শ্রীকৃষ্ণবু খংহল্লি জীবশিংবু ধন্য ওইহল্লি অহুনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য কৌই ॥ ২৭ ॥ শ্রীচৈতন্যবু গর্গগী রাহৈনা যুগ অবতারনি খংই। শ্রীগর্গমুনিনা শ্রীকৃষ্ণগী মিংথোনবদা লেপখরবনি ॥২৮॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীগর্গ মুনিনা হে নন্দ! যুগ যুগ খুদিংদা হকচাং থিবিকপু লৌরিবা নংগী নচাসিগী লেপ্পা অঙৌবা, অঙাংবা অহুগুম্না নাপু ওইবা, কুচু অহুম্না ওইখ্রে। হৌজিক দ্বাপরদা অমুবা কুচু ওইরে। শ্রীকৃষ্ণ থোনসী হায়না থোল্লে। ইতি ॥৭॥ অঙৌবা অঙাংবা নাপু, কুচু অহুমসি ওইনা। সত্য ত্রেতা, কলি যুগ অহুম্মক্তা শ্রীকৃষ্ণনা পোকই ॥২৯॥ হৌজিক দ্বাপরদা মানা মুনা পোকলে অহুনা কৃষ্ণ থোল্লে। পুরানগী অ গমগী শ্রীভাগবতগী শাস্ত্রশিংগী অথুম্ববু হায়রে ॥ ৩০ ॥

**অনুবাদ**ঃ—দ্বাপরদা শ্রীকৃষ্ণনা সংবানবা কুচুনা ওইবা, স্না ফিগে থোনবা চক্রনচিংবা থুলাই পায়বা, থবাক্তা অঙৌবা তুনা তুরৈ হঙৎপা, খুদম্ থিবিকনা, খংহল্লবা থিবিক্লা লেপ্পা খংনৈ। ইতি ॥৮॥ কলিযুগকী ধর্ম্ম হরিনামবু লেপ্পুনা কংহনবনি। মরম অহুমমক নাপু মচু ওইনা শ্রীচৈতন্যনা

তথাহি –মহাভারতে দানধর্মে ১৪৯ অধ্যায় সহস্রনাম স্তোত্রে।

**সুবর্ণবর্ণোহেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী। সন্ন্যাসকৃচ্ছম শান্তোনিষ্ঠাশান্তিপরায়ণঃ ॥৯॥**

তথাহি—( ভাঃ ১১।৫।৩ ৩২ )

**ইতি দ্বাপর উর্ব্বীশ স্তুবন্তি জগদীশ্বরম্। নানাতন্ত্রবিধানেন কলাবপি যথা শৃনু ॥১০॥**

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১১।৫।৩৯ শ্লোকঃ

**কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষাকৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্। যজ্ঞৈঃ সংকীর্ত্তনপ্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধস ॥১১॥**

**অন্বয়ঃ।**—সুবর্ণ বর্ণঃ—কৃষ্ণ শোনবা, হেমাঙ্গ—স্নাদগী থোইদোকপা কুচু ওইবা, বরাঙ্গঃ—অথোইবা হকচাং ওইবা, চন্দনাঙ্গদী—চন্দন্না তাল, খুজি ওইনা থোন্‌বা, সন্ন্যাসকৃৎ—সন্ন্যাস তৌবা, শমঃ—পুকচেন লেপ্পা, শান্তঃ—শ্রীকৃষ্ণদা পুন্নিং হাপ্পা, নিষ্ঠাশান্তি, পবায়ণঃ—শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবদা থরাই য়াওনা চেৎনা নিংবা। ইতি ॥ ৯ ॥

**অন্বযঃ।**— হে উর্ব্বীশ—হে নিংথৌ, দ্বাপবে—দ্বাপবদা, জগদীশ্ববং—জগৎ ঈশ্বববু, ইতি —অসুম্না, স্তুবন্তি— নিংনরি-হায়জরি, কলৌ—কলিদা, অপি —অমসুং নানাতন্ত্রবিধানেন্ —মথন মথা অয়াম্বা তন্ত্রগী মরোম্না, যথা—অদুম্না, নিংনগদবদো হায়গে, শৃনু— নংনা তাও। ইতি ॥ ১০ ॥

**অন্বয়ঃ।**– সুমেধসঃ—অচুম্বা খনবশিংনা, ত্বিষা-কুচুনা, অকৃষ্ণং—মুদবা, নাপু ওইবা, সাঙ্গোপাঙ্গস্ত্রপার্ষদং—অঙ্গ-উপাঙ্গ, খুৎলাই লোইনবা, পারিষাদ—লোইনবশিং লোইনবা, কৃষ্ণবর্ণং—কৃষ্ণ শোনবা শ্রীগৌরাঙ্গবু, সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈ—নাম সঙ্কীর্ত্তন্না অথোইবা, যজ্ঞৈঃ—যজ্ঞগী মরম থিবিক ওইদুনা, হি—লেপ্পা, যজন্তি—থৌগল্লি। ইতি ॥ ১১ ॥

পোকই ॥ ৩১ ॥ মৈদা সৌরীবা, স্নাগুম্বা কুচুনি অথোইবা হকচাংনি। থোঞ্জেন্না অনৌবা নোংবু ভমজনা শুকই ॥ ৩২ ॥ মশাগী মরেপকা লমগা চপ মান্নৈ। মশাগী খুদুপ মরি রাংলবদি পুন্নমক্তগী অথোইবনি থংনৈ ॥ ৩৩ ॥ লেপকা লমগা মান্নববু মমিং ন্যগ্রোধ পরি মণ্ডল কৌই। শ্রীচৈতন্যদি ন্যগ্রোধ পরি মণ্ডল, ওইবা হকচাংনি গুনগী লৈ-ক্ষমনি ॥ ৩৪ ॥ পাম্বোম্বা খুউদগী চোম্ববা, মিৎনা কম্বালবু ভমজবা। নাতোন্‌না থোইদিং মপানবু ভমজবা মাইথোংনা থাবু ভমজবা ॥ ৩৫ ॥ রাথন লেপ্পা, ইন্দ্রি লাকশিনবা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিদা চেৎনা তানশিনবা। মনাই চানবা অরেপ্পা চৎপা জীবশিংবু য়াঙ্গনা উবা ॥ ৩৬ ॥ চন্দন্না খুজী তাল ওইদুনা থোন্‌বা, চন্দন থোনবা। পুন্নমক থোনলগা জগোই শাই--সঙ্কীর্ত্তণ তৌই ॥ ৩৭ ॥ গুণ পুন্নমক ওইবা শ্রীচৈতন্যবু শ্রীবৈশম্পায়ণ মুনিনা। উদুনা শ্রীবিষ্ণু সহস্রনামদা হান্না চৈতন্যগী মিংবু শিংথাথরে ॥ ৩৮ ॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলা অনিনি, আদি অমা শেষ অমা; লীলা অনিদা থোইদোকপা মমিং মবি ২ থোল্লি মদুদি ॥ ৩৯ ॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীকৃষ্ণগী হরিনাম শোনবা, স্নাদগী থোইদোকপা কুচু ওইব, অথোইবা হকচাং ওইব চন্দনন্না তাল খুজি ওইনা থোনবা, সন্ন্যাস তৌব পুকচেল লেপ্পা, শ্রীকৃষ্ণদা পুকনিং হাপ্পা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবদা থরাই য়াওনা চেৎনা নিংবা। ইতি ॥ শ্রীমদ্ভাগবতত্তা ফোংতোকনা হন্না হন্না হায়রি শ্রীকৃষ্ণগী নাম সঙ্কীর্ত্তনন্না অরেপ্পা মচি ওই ধর্ম্ম নি ॥৪০॥

স্তবমালায়াং শ্রীচৈতন্যদেবস্য দ্বিতীয়াষ্টকে ১ম শ্লোকঃ।

**কলৌ যং বিদ্বাংসঃ স্ফুটমভিযজন্তে দ্যুতিভরাদকৃষ্ণাঙ্গং কৃষ্ণং মখবিধিভিরুৎকীর্ত্তনময়ৈঃ।**
**উপাস্যঞ্চ প্রাহুর্যমখিলচতুর্থাশ্রমজুষাম্। স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং নঃ কৃপয়তু ॥ ১২॥**

তথাহি—স্তবমালায়াং শ্রীচৈতন্যদেবস্য দ্বিতীয়াষ্টকে ৮ম শ্লোকঃ

**স্মিতালোকঃ শোকং হরতি জগতাং যস্য পরিতো গিরান্তু প্রারম্ভঃ কুশলপটলীং পল্লবয়তি।**
**পদালম্ভঃ কং বা প্রণয়তি ন হি প্রেমনিবহং স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং নঃ কৃপয়তু ॥ ১৩॥**

**অন্বয়ঃ**।—কলৌ—কলিযুগতা, স্ফুটং—ফাওনা, দ্যুতিভরাৎ—শ্রীরাধাগী কুচু গৌরাঙ্গিনা কুপ্পদগী, অকৃষ্ণাঙ্গং—মুদবা গৌরবর্ণ ওইবা, যং—অদুগুম্বা, কৃষ্ণং—শ্রীকৃষ্ণবু, বিদ্বাংসঃ—অথৌবশিংনা, উৎকীর্ত্তন ময়ৈঃ—নাম শোনবনা অথোইবা, মখবিধিভিঃ—যজ্ঞগী (পেনবগী) মরম থিবিক ওইদুনা, অভিযজন্তে—পনবৈনবা থৌগল্লি, চ—হন্না যং—মাবু, অখিল চতুর্থাশ্রয়জুষাং—মরিশুবা আশ্রম (সন্ন্যাস) তৌবশিংগী, উপাস্যং—অয়াম্বমা থৌগনগনি, প্রাহুঃ—অথৌবনা হায়বা, সঃ—অদুগুম্বা, চৈতন্যাকৃতিঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইবা, দেবঃ—শান হৈবা শ্রীগৌরাঙ্গনা, নঃ—ঐখোয়বু, অতিতরাং—থোইদোকনা, কৃপয়তু—থৌজানবীসনু। ইতি ॥ ১২॥

**অন্বয়ঃ**।—যস্য—মাগী, স্মিতালোকঃ—থিত্তং নোকপা মিনোক্না ফজবা মিৎয়েংনা, জগতাং—জগৎ পুম্নমক্কী, পরিতঃ—ময়ামদগী পোকপা, শোকং—অুংনাংববু, হরতি—মাংহল্লি, তু—হন্না, যস্য—মাগী, গিরাং—য়াথংগী, প্রারম্ভঃ—য়াভাংবা হৌরকপনা, কুশলপটলীং—মঙ্গলগী মপৈবু, পল্লবয়তি—সস্তোকই, যস্যপদালম্ভঃ—মাগী শ্রীচরণদা চংজবা, কংবাজনং—কনাগুম্বা মীনা, প্রেমনিবহং—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবু, হি—লেপ্না, নপ্রনয়তি—যংহন্দবগে ফংহল্লি, সঃ—অদুগুম্বা, চৈতন্যাকৃতিঃ—শ্রীচৈতন্য কৌবা, দেবঃ—শান্নহৈব ইবুংঙোনা, নঃ—ঐখোয়বু, অতিতরাং—থোইদোক্না, কৃপয়তু—থৌজানবিসনু। ইতি ॥ ১৩॥

**অনুবাদ**।—হে ভূপতি? দ্বাপরদা জগৎ ঈশ্বর কৃষ্ণবু অসূম্না নিংনরি। অমসুং কলিদা অয়াম্বা মখন্ মখা ওইবা তন্ত্রগী য়ায়েন্না, নিংগদবা মরোণদো হায়গে তাও। ইতি ॥১০॥

**অনুবাদ**।— অচুম্বা থনবা সাধুশিংনা, কুচু মুদবা গৌরবর্ণ ওইবা, উপাঙ্গ পরিষাদ লোইনবা হরিনামনা খুৎলাই ওইবা, তত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা শ্রীগৌরাঙ্গবু হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন্না (থৱাই য়াওনা নাম শোনবনা) পেনবীনবা যজ্ঞগী মরম থিবিক ওইনা লেপ্না থৌগল্লি। ইতি ॥ ১১॥

**হে ইচিয়াওশা তাও পুম্নমকসি শ্রীচৈতন্যগী মতিক্কি। শ্রীচৈতন্যগী মতিক্কী মখৈ য়োকিসনা হায়রি ॥৪১॥** কৃষ্ণ হায়বা ময়েক অনিসি, তত্তনা মাগী শ্রীমুখদা লৈ। অমদি শ্রীচৈতন্যনা মুংভাইনা শ্রীমুখনা কৃষ্ণ শোল্লি ॥৪২॥ কৃষ্ণবর্ণ হায়বসিনা মরম অনিথোক্না থংই। কৃষ্ণ নত্তনা চৈতন্যগী চিন্দা অতোপ্পা অমা লাক্তে॥৪৩॥ মতমতুদা কৃষ্ণবর্ণ হায়বা য়াহৈসে কনানা অমুবা কুচুনি হায়রি। হায়রিবদো অতোপ্পা শ্রীচৈতন্যগী মগুণনা থামই ॥৪৪॥ মতুদি অকৃষ্ণবরণ হায়বসিনা চৈতন্যগী মুদবা হায়বে। মুদবা মচু হায়বদি নাপু গৌরবর্ণবু হায়বনি ॥৪৫॥

**অনুবাদঃ**— কলিযুগতা ফাওনা শ্রীরাধাগী গৌরাঙ্গি কুচুনা কুপসিন্‌বদগী মুদবা গৌরবর্ণ ওইবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু অথৌবশিংনা নাম শোনবনা

তথাহি—শ্রীভাগবতে ১০।১৪।১৪

**নারায়ণস্তং নহি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিল-লোকসাক্ষী।**
**নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়নাত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া ॥১৪॥**

তথাহি—

**অন্তঃ কৃষ্ণং বহিগৌরং দর্শিতাঙ্গাদিবৈভবম্। কলৌ সঙ্কীর্ত্তনাদ্যৈঃ স্মঃ কৃষ্ণচৈতন্যমাশ্রিতাঃ ॥ ১৫ ॥**

---

**অন্বয়ঃ।**—কলৌ-কলিদা, অন্তঃকৃষ্ণং-মনুংদা কৃষ্ণ, বহিগৌরং—মপান্দগৌর, দর্শিতাঙ্গাদিবৈভবং—শ্রীনিত্যাই শ্রীঅদ্বৈত শ্রীবাসনচিংবা পরিষদ শ্রীগদাধর অমসুং হরিনাম খিবিকসিগা পুম্না মাগী মশকপু ফংহল্লরবা, কৃষ্ণচৈতন্যং—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু, সঙ্কীর্ত্তনাদ্যৈঃ—হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন্না অথোইবা পেনবীনবা ওইহুনা, আশ্রিতাঃস্মঃ—ঐখোয়না ফাওনা পেনবীনবা থৌগনজে চংজরি। ইতি ॥ ১৫ ॥

---

অথোইবা যজ্ঞগী (পেনবীনবগী) মবম খিবিক ওইহুনা চংথোক্না পেনবীনবা থৌগনলি। হন্না মাবু মরিগুবা আশ্রম সন্ন্যাসশিংগী অমসুং অয়াম্বনা থৌগনগনি হায়না অখংবনা হায়বা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইবা শাম্নহৈবা শ্রীগৌরাঙ্গনা ঐখোয়বু থোইদোকনা থৌজানবিরসনু। ইতি ॥১২॥ সংসংনা মহি চেনবা স্নাদগী ভমজবা চৈতন্যগী কুচুনি। শ্রীচৈতন্যগী মভান্দগী থংদবা অমম্বগী মপৈবু মাংহল্লি ॥৪৬॥ জীবগী ফত্তবা অমম্বা মাংহনগে হায়বগীদমক্তা। অঙ্গ উপাঙ্গ পরিষাদশিংগা লোইননা নাম্না অয়াম্বা খুংগাই ওইনা পায়দুনা শ্রীগৌরাঙ্গ ফোংতোকলকই ॥৪৭॥ কর্ম্ম-ধর্ম্ম অমদি অধর্ম্ম পুম্নমকসি ভক্তিগী অপনবনি। ম'খায়্নসি কন্মষ কৌই মসিনা য়ামনা অমম্বনি হায়দুনা ॥৪৮॥ পাম্বোম থাঙ্গত্তুনা কৃষ্ণ শোন্দুনা জীবশিংদা নুংশিনা য়েংবি। কৃপা অদুনা জীবগী কন্মষ (ফত্তবা) পুম্নমকপু কোকহল্লগা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা তাওহল্লি ॥৪৯॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মোমোন্ নোকৃপনা ফজবা মিংয়েংনা মরামদগী পোকৃপা নুংনাংববু মাংহল্লি। হন্না মাগী য়াথংগী হুংশিবনা, ভাংবা হৌরকপনা মঙ্গলগী মপৈবু সন্তোকৃই। মাগী শ্রীচরণদা চংজবা কনাগুম্বা মীনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবু লেপ্না ফংহল্লি, অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য কৌবা থৌজান হৈবা ইবুংঙোনা ঐ'থায়বু থৌজানবিসনু। ইতি ॥১৩॥ শ্রীগৌরাঙ্গগী হকচাং মাইথোং, মীতুনা উজববা। মীতুগী পাপ কোকই শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমধনবু ফংই ॥২০॥ অতোপ্পা অবতারশিংগীদি অয়াম্বা তেঙ্গান খুংলাই লোইনৈ। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী লানমী অঙ্গ উপাঙ্গনা ওইবী ॥২১॥ অঙ্গ উপাঙ্গনা অমসুং নামনা খুংলাই ওইত্না মাগী থবকপু পাংথোকই। অঙ্গ-হায়বসিগী অর্থ অমা হায়গে পুক্নিং চংনা তাও ॥ ৫২।৫৩ ॥ অঙ্গদি; লাইবিকনা অংশনি হায়না তাকলি লেপ্পা। অঙ্গগী মথং অঙ্গদো উপাঙ্গ হায়না কৌই ॥ ৫৪ ॥

**১৪, শ্লোকীঃ আঃ ২।৯। গুবা শ্লোক্তা য়েংউ।**

ঈশিংদা চেপ্পা পুম্নমক্কী অন্তর্য্যামী শ্রীনারায়ণদো। মানা নংগী অংশনি নংনা নারায়ণগী মরুনি ॥ ৫৫ ॥ অঙ্গনা অংশনি হায়বসে অবেপ্পা মকনি। ময়ামসি মায়া নত্তে অথংবা মুংঙাইবগী মশকনি ॥ ৫৬ ॥ শ্রীনিত্যানন্দ অদ্বৈত অনিনা। শ্রীচৈতন্যগী অঙ্গনি অঙ্গগী অঙ্গশিংদো উপাঙ্গ কৌই ॥৫৭॥ শ্রীচৈতন্যগী অঙ্গ উপাঙ্গ, থৌরবা খুংলাই লোইনদুনা। শ্রীচৈতন্যনা খুংলাইনা, অমসুং ময়ামগা পুন্দুনা পাষণ্ডীবু হৈহৎতুনা ফহল্লি ॥৫৮॥ সংসংনা শ্রীবলরামনা পোক্পা শ্রীনিত্যানন্দনি সংসংনা শ্রীমহাবিষ্ণুনা পোক্পা শ্রীঅদ্বৈতনি ঈশ্বরনি ॥৫৯॥ শ্রীবাসনচিংবা পারিষদ লানমিশিং পুদুনা। শ্রীঅদ্বৈত শ্রীনিত্যাই অনিন

**অহমেব কচিদ্ব্রহ্মন্! সন্ন্যাসাশ্রম মাশ্রিতঃ। হরিভক্তিং গ্রাহয়ামি কলৌ পাপহতান্নরান্ ॥১৬॥**

তথাহি—যামুনাচার্য্যস্তোত্রে ১৫শ শ্লোকঃ ॥

**ত্বাং শীলরূপচরিতৈঃ পরমপ্রকৃষ্টৈঃ সত্ত্বেন সাত্ত্বিকতয়া প্রবলৈশ্চ শাস্ত্রৈঃ।**
**প্রখ্যাতদৈবপরমার্থবিদাং মতৈশ্চ নৈবাসুরপ্রকৃতয়ঃ প্রভবন্তি বোদ্ধুম্ ॥১৭॥**

**অন্বয়ঃ** ।—হে ব্রহ্মণ। হে ব্যাস মুনি! কচিৎ কলৌ—করিগুম্বা কলিযুগতা, অহংএব—ঐমক্তনা, সন্ন্যাস আশ্রমং—সন্ন্যাসগী আশ্রমদা, আশ্রিতঃ—লৈরগা, পাপহতান্—পাপনা মাংলবা, নরান্—মীশিংবু, হরিভক্তিং—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু, গ্রহয়ামি—লোইহনগনি। ইতি ॥১৬॥

**অন্বয়ঃ** ।—হে ভগবন। পরম প্রকৃষ্টৈঃ—পুম্নমক্তগী থোইদোকপা, শীলরূপ চরিতৈঃ—পুকচেল শক, লমচৎ খিবিক্তা, সত্ত্বেন—অরেপ্পতনা, সাত্ত্বিকতয়া—অবেপ্পা ওইবা, নশকপু লেপ্পা, প্রবলৈঃ—পাঙ্গললবা, শাস্ত্রৈঃ—লাইরিকশিংনা মরম ওইদুনা, চ—অমসুং, প্রখ্যাত—দৈব-পরমার্থ-বিদাং—ফাওরবা অরেপ্পা খং-লবা দৈবশিংনা, মতৈঃ—মত্তনা খংডি, চ—অমসুং, অসুর প্রকৃতয়ঃ—হিংচাবনদি, ত্বাং—নংবু, বোদ্ধুং—খং-গদবদা, এব—লেপ্পা, নপ্রভবন্তি—ঙমদ্রে খংদ্রে। ইতি ॥১৭॥

সেনাপতি ওইদুনা মযাম লোইনদুনা নাম শোন্দুনা কোইরি ॥৬০॥ পাষণ্ড নৈবগী ফিরান্দি শ্রীনিত্যানন্দনি। অদ্বৈতগী ভংবদা পাষণ্ডীগী পাপ কোকখবে ॥৬১॥ অদুদগী শ্রীচৈতন্য প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তনবু পুম্নমক্তা পীবীরে। পীবীরিবা সঙ্কীর্ত্তননা যজ্ঞ ওইদুনা চৈতন্যবু নিংজগনি। সঙ্কীর্ত্তনা থোগগঙ্গরবা মীদো অতাংবনি ॥৬২॥ মীদো সুমেধসনি (রাখন চুমলবনি) নত্তবদি ফত্তবা সংসারনি অয়াম্ব যজ্ঞ দগী শ্রীকৃষ্ণগী নামনা অথোইবা যজ্ঞগী মচিনি ॥৬৩॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমগা কোটি অশ্বমেধগা মান্নে। হায়রবা মীদো পাষণ্ডীনি মাবু যমনা দণ্ডী পীরে ॥৬৪॥ নামনা অথোইবনি শ্রীগৌরাঙ্গনা পীবিবসি ভাগবত সন্দর্ভ লাইরিক্কী মঙ্গলাচরন্দা শ্রীজীবনা শ্লোক অসিনা হায়খরে ॥৬৫॥

**অনুবাদঃ**—কলিদা, মমুংদা কৃষ্ণ মপান্দা গৌরাঙ্গ ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীবাসনচিংবা পারিষদ, শ্রীগদাধর হরিনাম খিবিকসিগা পুন্না মাগী মশকপু কংহল্লরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন্না অথোইবা পেনবীনবা ওইদুনা ঐঃখোয়না চরন্দা ফাওনা পেম্বীনবা থোগনজরি চংজরি। ইতি ॥১৫॥

লৌকিক সিদ্ধান্ত অমনা উপপুরান্দ শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা তারি। কৃপা তৌদুনা ব্যাসদা হায়দুনা মরম খংহল্লি ॥৬৬॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা হে ব্যাস মুনি! করিগুম্বা কলিদা, ঐমক্তনা সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈরগা পাপনা মাংলবা মীশিংবু শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু লোইহনগনি। ইতি ॥ ১৬ ॥

শ্রীভাগবত, ভারত আগম পুরান লাইরিকশিংনা। শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য ওইনা পোকই কোংনা তাক্লি ॥৬৭॥ শ্রীচৈতন্যবু তাকলিবদো সংসংনা য়েংউ অয়াম্বা মতিক মগুণদো উরি। মীনা ঙমদবা খবক মীদা ওইদবা প্রেমগা লোইননা শ্রীচৈতন্যবু উরি ॥৬৮॥ অয়াম্বা অভক্তশিংনা শ্রীচৈতন্যবু উনা উদরে। মত্তুদি সুমিংকী মডানবু মকুনা উনা উদবগুম্না উনা উদরে ॥৬৯॥

**অনুবাদঃ**—হে ভগবন! পুম্নমক্তগী থোই-

তথাহি—তত্রৈব ১৮শ শ্লোকঃ।

**উল্লঙ্ঘিত ত্রিবিধসীমসমাতিশায়ি সম্ভাবনং তব পরিব্রঢ়িমস্বভাবম্।**
**মায়াবলেন ভবতাপি নিগুহ্যমানং পশ্যন্তি কেচিদনিশং ত্বদনন্যভাবা ॥১৮॥**

তথাহি—পদ্মে।

**দ্বৌ ভূতসর্গৌ লোকেঽস্মিন্ দৈব আসুর এব চ। বিষ্ণুভক্তঃ পরোদৈব আসুরস্তদ্বিপর্যয়ঃ ॥১৯॥**

**অন্বয়ঃ।**—হে ভগবন! উল্লঙ্ঘিত ত্রিবিধসিম-সমাতিশায়ি সম্ভাবনং—মফম, মাইকৈ, মতম, অমসুং মান্নবা অহেনবা লৈ হায়না থম্মনিংঙাই লৈতবা, মায়াবলেন—যোগমায়াগী পাঙ্গলনা, ভবতাপি—ইবুংঙো-মকপু, নিগুহ্যমানং—লোৎলবমক্তদা, তব-নংগী, পবিব্রঢিমস্বভাবম্—অথোইবা মশকপু, কেচিৎ—কনা-গুম্বা, ত্বৎ অনন্য ভাবাঃ—ভক্তি চেৎপা ননাইনা, অনিশং—অতংপা লৈতনা, পশ্যন্তি—উবিয়ে। ইতি ॥১৮॥

**অন্বয়ঃ।**—অস্মিন—অসিগুম্বা, লোকে—জগত্তা, দৈবঃ—দৈব কৌবা অমা, আসুরশ্চ—অমসুং আসুর কৌবা অমা, এব—লেপ্পা, দ্বৌ—মথল অনিসি, ভূতসর্গৌ—থরাইপানবশিংদা ওইয়ে, বিষ্ণুভক্তঃ—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তবু, দৈবঃ—দৈব কৌই, স্মৃতঃ—হায়রি, তদ্বিপর্যায়ঃ—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি লৈতববু, আসুরঃ—আসুর কৌই হায়বি। ইতি ॥১৯॥

দোকপা পুকচেল-শক-লমচৎ থিবিপু অরেপ্পা পাঙ্গল্লবা লাইরিকশিংনা মবম ওইহুনা অমসুং ফাওববা অরেপ্পা থংলবা দৈবশিংনা অথংবা মতনা থংডি অমসুং হিংচাবনদি নংবু থংগদবদা লেপনা থংব ঙমদে। ইতি ॥১৭॥

মশাবু শ্রীকৃষ্ণনা থংদনবা লোৎপদা য়ামনা যত্ন তৌই। তৌহুনমবু পু শ্রীবৃষ্ণদা নিংজবা মাগী মনাইনা থংডি ॥৭০॥

**অনুবাদ ঃ**—হে ভগবন। মফম মতম মাইকৈ অমসুং মান্নবা অহেনবা লৈ হায়না থম্মনিংঙাই লৈতবা, যোগমায়াগী পাঙ্গলনা ইবুংঙোমকপু লোৎ-লবমক্তদা নংগী অথোইবা নশকপু, কনাগুম্বা ভক্তি চেৎপা ননাইনা অতংপা লৈতনা উবিয়ে। ইতি ॥১৮॥ শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈতবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু করিগুম্বদা থংদে। শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তদা লোৎকদবদা ঙমদে মনাই-না থংডি ॥৭১॥

**অনুবাদ ঃ**—অসিগুম্বা জগত্তা দৈব কৌবা অমা আসুর কৌবা অমা লেপ্পা মথল অনিসি থরাইপানবশিংদা ওইযে। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তবু দৈব কৌই হায়রি, শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি লৈতববু আসুর কৌই হায়বি। ইতি ॥১৯॥

শ্রীচৈতন্যগী ভক্ত অবতার শ্রীঅদ্বৈত গোসাঞিনি। শ্রীঅদ্বৈতগী নাম হুঙ্কারদগী শ্রীকৃষ্ণনা পোকই ॥৭২॥ শ্রীকৃষ্ণনা পৃথিবীদা পোকলগে নিংবা মতমদা ॥ অহানবদা গুরু মম্নামগী মশক্তো হান্না পোকহল্লি ॥৭৫॥ অয়াম্বা আদি গুরু অমসুং মমা মপা ইকাই খুম্নবশিংনা। পৃথিবীদা হান্না পুম্নমকসি পোকই ॥৭৪॥ মতুংদি শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী ঈশ্বরপুরী শচী শ্রীজগন্নাথ মিশ্রসু। শ্রীঅদ্বৈতনা পুম্নমকসি লোইনহুনা হান্না পোকই ॥৭৫॥ পোকলগা অদ্বৈতনা সংসার পুম্ন-মক্তা য়েংই। শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি মরিক অমা ফাওবা লৈতে মশাগী বিষয়ত্তা মনিংই ॥৭৬॥ মতুংদি কনানা পাপ, কনানা পুণ্য কনানা মুংঙাই য়াইফনা থনবা অসিতা মঙাইরে সংসারনা নারে, শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিগী মনম পক্তরে ॥৭৭॥ পুম্নমক্কী মচংসি উবদা শ্রীঅদ্বৈতনা চানবীহুনা। রাখল তৌরি করমনা

হরিভক্তিবিলাসস্থ, একাদশবিলাসে দশধিকশতাঙ্কধৃতং গৌতমীয় তন্ত্রে নারদবচনম্,

তুলসীদলমাত্রেণ, জলস্য চুলুকেন বা। বিক্রীণীতে স্বমাত্মানং ভক্তেভ্যো ভক্তবৎসলঃ ॥২০॥

তথাহি - শ্রীমদ্ভাগবতে ৩।৯।১১

ত্বং ভক্তিযোগপরিভাবিতহৃৎসরোজ আস্সে শ্রুতেক্ষিতপথো ননু নাথ! পুংসাম্।
যদ্‌যদ্ধিয়াত উরুগায় বিভাবয়ন্তি তত্তদ্বপুঃ প্রণয়সে সদনুগ্রহায় ॥ ২১ ॥

**অন্বয়ঃ**।—বা—অমদি, তুলসীদলমাত্রেণ—স্নুপনগী তুলসী মঞ্জুরীতনা, জলস্য—জলগী চুলুকেন—খুজোক অমতনস্থ, ভক্তবৎসলঃ—ভক্তিনা কৎচবা মনাই চানবীবা শ্রীকৃষ্ণনা, স্বং আত্মানং—মাগী মশামকপু, ভক্তেভ্যঃ—মনাইগীদমক্তা, বিক্রিণীতে—য়োন্‌থোকই। ইতি ॥২০॥

**অন্বয়ঃ**। ননুনাথ—হে ইবুংঙো, শ্রুতেক্ষিতপথঃ—তাবদগী ভক্তিবু চৎচববা উববা, পুংসাং—জীবশিংগী, ভক্তিযোগ-পরিভাবিত হৃৎসরোজে—প্রেম ভক্তিনা তিনবা ভক্তগী থম্মোই থম্বান্দা, ত্বং—নংনা, আসসে - লৈ, উরুগায়—হে শক্লশোম্নরিবা, হে ইবুংঙো, তে—ভক্তশিংনা, ধিয়া—ৱাথম্না, যদ যদ—মহু মহুবু, বিভাবয়ন্তি—নিংলিবা, সদনুগ্রহায়—ভক্তবু থৌজাবিগে হায়বগীদমক, তৎ-তৎ—অহু অহুগুম্বা, বপুঃ—হকচাংদো, প্রণয়সে—ফোংতোকপী। ইতি ॥ ২১ ॥

জগৎকী অফবা ওইগবা ॥৭৮॥ অহুনদি মতমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা পোকলগা। মানা ভক্তি চৎলগা পুম্নমক্তা ভক্তিবু পীবিসনু ॥৭৯॥ অহুনদি হরিনাম নত্তনা কলিদা অতোপ্পা ধর্ম্ম লৈতে। কলিসিদা করম্না শ্রীকৃষ্ণবু পোকহল্লসিবা ॥ ৮০ ॥ প্রেম ভক্তিদা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবা নিংলগে। অতৎপা লৈতনা নোনলুকনা হায়জগে ॥৮১॥ শ্রীকৃষ্ণদা, অহুগা শ্রীকৃষ্ণবু পুরক্তনা পোকহনগে সঙ্কীর্ত্তনবু য়েস্থোকহন্দুনা জীবদা ফংহনগে। মতম অহুদা ঐগী অদ্বৈত কৌবসি মহৈ য়ানগনি ॥৮২॥ করমনা নিংবদা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা খুত্থম চন্‌গবা। থল্লুবদা শ্লোক অমা অদ্বৈতগী পুক্রিংদা লাকলে ॥৮৩॥

**অনুবাদ**:।—শ্রীতুলসীগী মঞ্জুরীতনা, অমদি, জলশিংগী খুজোক অমতনস্থ ভক্তিনা কৎপদা মনাই চানবীবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী মশামকপু মনাইগীদমক্তা য়োন্‌থোকই। ইতি ॥২০॥

শ্লোকসিগী মরোনবু অদ্বৈতনা খল্লকই। মী অহুনা শ্রীকৃষ্ণদা জলশিং তুলসীবু প্রেম ভক্তিনা কৎচবা ॥৮৪॥ মীহুগী লমন শিংগদবদা শ্রীকৃষ্ণনা খল্লকই। জল তুলসীগা মাম্নবা লন থজিক্তা ফাওবা লৈতে॥৮৫॥ অহুনা মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা মশা য়োনথোকই মশানা লমল শিংডি। অসি খন্দুনা অদ্বৈতনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংঙকই ॥৮৬॥ গঙ্গাগী জল তুলসী মঞ্জুরীবু অতৎপা লৈতনা। শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দা প্রেম ভক্তিনা কৎলকই ॥৮৭॥ শ্রীকৃষ্ণগী নামনা হুঙ্কার তৌহুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরকই। অস্মুম তৌহনা অদ্বৈতনা শ্রীকৃষ্ণদা হায়জহুনা পোকহল্লি ॥৮৮॥ শ্রীচৈতন্য পোকপদা শ্রীঅদ্বৈতনা মরূ ওইরি। মনাইগী অপাম্বদগী ধর্ম্ম ভাকপা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীচৈতন্য কৌহুনা পোকলবদা অদ্বৈতগী অপাম্বা থুংজরে ॥৮৯॥

**অনুবাদ**:।-হে ইবুংঙো। তাবদগী ভক্তিবু উনা চৎচরবা জীবশিংগী, প্রেম ভক্তিনা তিনবা ভক্তগী থম্মোই থম্বান্দা নংনা লৈ। হে শকন শোম্নরীবা ইবুংঙো! মনাইশিংনা ৱাথলনা মশক মশক অহুবু, নিংলিবা মনাইবু থৌজানবিগে হায়বগীদমক অহু অহুগুম্বা মশক্তো-হকচাংদো ফোংতোকপী। ইতি ॥২১॥

শ্লোক অসিগী অর্থবু সুপনা মচি ওইবতা হায়জরে। মনাইগী অপাম্বদগী শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা অবতার তৌই ॥৯০॥ মরিগুবা শ্লোকী অর্থবু চংথোম্না লেপ্পা হায়ববসিনি। শ্রীগৌরাঙ্গনা জীবশিংদা প্রেম ভক্তিবু পীবিনবগীদমক্তা পোকই ॥৯১॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা থুরুমজহনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হ য়দৈ ॥৯২॥

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতদা আদি লীলাদা আশীর্ব্বাদ মঙ্গলাচরন্দা চৈতন্যগী পোকপগী মপানগী মরম হায়বা অহুমগুবা পরিচ্ছেদনি ॥

# চতুর্থ পরিচ্ছেদ

**শ্রীচৈতন্য-প্রসাদেন তদ্রূপস্য বিনির্ণয়ম্। বালোঽপি কুরুতে শাস্ত্রং দৃষ্ট্বা ব্রজবিলাসিনঃ ॥ ১ ॥**

গীতায়াং ৪র্থ অঃ ১১ শ শ্লোকঃ।

**যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্। মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ। সর্ব্বশঃ ॥২॥**

**অন্বয়ঃ।**—শ্রীচৈতন্য প্রসাদেন—শ্রীচৈতন্যগী থৌজান্তনা, বালঃ—অপংবা ঐনা, অপি—অমসুং, শাস্ত্রং—লাইরিকপু, দৃষ্ট্বা—য়েংদুনা, ব্রজবাসিনঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, তদ্রূপস্য—মশকমকওইবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা তিন্সিন্নবগী, বিনির্ণয়ম্—মশক লেপ্পবু, কুরুতে—ঐনা তৌজরি। ইতি ॥ ১ ॥

**অন্বয়ঃ।**—হে পার্থ—হে অর্জ্জুন, যে—মানা, যথা—অদুম্না, মাং—ঐবু, প্রপদ্যন্তে—নিংঙি, অহং—ঐনা, তথৈব—নিংলিবগুমনা, তান্—মথোইবু, ভজামি—ঐনা নিংঙি, মনুষ্যাঃ—মীশিংনা, সর্ব্বশঃ—নিংলিবা অয়াম্বা মরমনা, মম—ঐগী, বর্ত্ম—ভজনগী লম্বীবু, অনুবর্ত্তন্তে—মতুংইন্না চৎলি। ইতি ॥ ২ ॥

**অনুবাদঃ।**—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজানতনা অপংবা ঐনা অমসুং লাইবিক য়েংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা পুনসিনথিবগী মশক লেপ্পবু তৌজরি। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুম্মী শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুম্মী। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুম্মী গৌরভক্তশিংবু খুরুম্মী ॥১॥ মরিগুবা শ্লোকী অর্থবু লেপনা হায়থরে। হৌজিক মঙাগুবা শ্লোকী অর্থবু ভক্তশিনা তাবিয়ু ॥২॥ শ্লোকী মুল অর্থবু ফোংতোকনবগীদমক্তা। মুল অর্থ হায়রকদবদা হান্না মপানগী আভাস হায়গে ॥ ৩ ॥ মতুদি মরিগুবা শ্লোকী মচি ওইবা অর্থদি হায়রিবসিনি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম প্রেম ভক্তি পীনবগীদমক্ পোকলম্লিবনি ॥৪॥ হায়বসি অরেপ্পনি তৌইগুম্বসুং মদো মপাল্লি। মতুদগী মমুং চনবা মরম অমা লৈ মদু হায়গে তাও ॥৫॥ দ্বাপরদা পৃথিবীগী অরম্বা লৌথোকনবগীদমকতা। অদুমনা শ্রীকৃষ্ণনা পোকপনি লাইরিক্তা হায়রি ॥৬॥ পৃথিবীগী অরম্বা লৌথোকপসি শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা তৌদে। হিংনবগী মপু শ্রীবিষ্ণুনা পৃথিবীগী অরম্বা লৌথোক্নুনা জগৎ য়োকই ॥৭॥ তৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংগী পোকপা মতম অদুমক্তদা। পৃথিবীগী অরম্বা লৌথোকপগী মতমনা তিনসিনথরে ॥৮॥ শ্রীকৃষ্ণস্বয়ং পূর্ণ ভগবান্না পোক্লবা মতম অদুদা। অমদি অয়াম্বা অবতারশিংনা লাক্নুনা শ্রীকৃষ্ণদা তিল্লি ॥৯॥ শ্রীনারায়ণ ব্যূহ মরি ঙা ওইবনচিংবা লীলা অবতারশিংনা। যুগ মনু পুরুষনচিংবা অয়াম্বা অতোপ্পা অবতারশিং ॥ ১০ ॥ পুম্নমকনা লাক্নুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা তিন্দলে। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণস্বয়ং পূর্ণ ভগবাননা পোকলবদা পুম্নমক তিনখ্রে ॥১১॥ মতমদুদা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা শ্রীবিষ্ণুনা লৈবনা। শ্রীকৃষ্ণনা বিষ্ণুনা থোং ওইদুনা হিংচাবা হাৎপনি ॥১২॥ হিংচাবা হাৎপসি লোইনম্বা শ্রীবিষ্ণুগী থবকনি। শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা পোকলবগী মরু ওইবা মরমদো হায়গে ॥ ১৩ ॥ প্রেমরসগী মচিবু চাগে হায়বগীদমকতা শ্রীকৃষ্ণস্বয়ংনা। রাগ মার্গ ভক্তিবু জগৎ পুম্নমক্তা ফোংদোক্কে হায়বগীদমক ॥১৪॥ রস চারবশিংগী থোইদোকপা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না থৌজান্নুনা। হায়রিবা মরম অনিসি পাম্বদগী ব্রজদা শ্রীকৃষ্ণনা পোকই ॥১৫॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কন্ধে ৮২ অঃ ৩২ শ্লোকঃ

**ময়ি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে। দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ ॥৩॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০। ৩৩। ৩৬ শ্লোকঃ

**অনুগ্রহায় ভক্তানাং মানুষং দেহমাশ্রিতঃ। তাদৃশীঃ ভজতে ক্রীড়া যাঃ শ্রুত্বা তৎপরোভবেৎ ॥৪॥**

**অন্বয়ঃ**।—ময়ি—কৃষ্ণ ঐডোন্দা, ভক্তিঃ—ভক্তিনা, হি—লেপ্পা, ভূতানাং—জীবশিংগী, অমৃত ত্বায়—লানবগীদমক্তা, কল্পতে—নিংবা ওই, নিংঙি, ভবতীনাং—গোপী নখোইগী, মদাপনঃ—ঐবু ফংননবা, মৎস্নেহঃ ঐবু নুংশিবা, দিষ্টা—ঐগী লাইবক ফবনা, যৎ—মদো, আসীৎ—ওইখ্রিবনি। ইতি ॥ ৩ ॥

**অন্বয়ঃ**।—ভক্তানাং—ভক্তশিংগী, অনুগ্রহায—থৌজানবগে হায়বগীদমক্তা, তাদৃশীঃ—অদুগুম্বা, ক্রীড়াঃ লীলা থিবিকপু, ভজতে বসবু চাই, মানুষং—মীগী ওইবা, দেহং—হকচাংবু, আশ্রিতঃ—চংজদুনা পোকলগা, যাঃ—অদুম্না শান্নবা লীলাশিংদো, শ্রুত্বা—তাজবতনা জীবশিংনা, তৎ পবঃ—বাগ ভক্তিদা থরাই য়াওরকপনা, ভবেৎ—ওইগনি। ইতি ॥ ৪ ॥

শ্রীকৃষ্ণনা থল্লি জগৎসি অচৌবগা অথংবগা তিনশল্লবা ঐশ্বর্য্যানি। প্রেমভক্তি বসবু ঐশ্বর্যানা মাংহল্লে কৃষ্ণঐনা পেনদ্রে ॥১৬॥ ভক্তশিংনা কৃষ্ণ ঐবু অচৌবনি নিংঙি, মশাবু অপিকপনি নিংঙি। হায়রিবা মাগী ঐনা মখাপোন্দে ঐবু নুংশিবতগী কৃষ্ণ ঐনা মখাপোল্লি ॥১৭॥ ঐডোন্দা ভক্তনা, নিংলি নিংলিবা মশক্তো। মাঙোন্দা মাগী মাগী মতুং ইন্না নিংবনা ঐগী হৌনবনি ॥১৮॥

**অনুবাদঃ**—হে অর্জ্জুন। মীদুনা অদুমনা ঐবু নিংঙি, ঐনা নিংলিবগুমনা মখোইবু নিংঙি। মীশিংনা নিংলিবা অয়াম্বা মরমনা, ঐগী ভজনগী লম্বীবু মতুং ইন্না চংলি। ইতি ॥২॥

ঐগী ইচানি, ঐগী ইতাওনি, ঐগী থরাইগী মপুনি, হায়না খন্দুনা প্রেমভক্তিনা মীদুনা ঐডোন্দা নিংঙি ॥১৯॥ শ্রীকৃষ্ণদগী ঐনা চাওই, ঐগা মান্নৈ, ঐডোন্দগী পিকই হায়না। খন্দুনা নিংলিবশিংদগী ঐনা মখোয়গী মখা পোল্লি ॥২০॥

**অনুবাদঃ**।—হে গোপীশা! কৃষ্ণ ঐডোন্দা ভক্তিনা লেপ্পা জীবশিংগী লাননবগীদমক নিংঙি। গোপী নখোয়গী ঐবু ফংননবা ঐবু নুংশিবনা ঐগী লাইবক ফবা মরমনা ওইথরবনি। ইতি ॥৩॥

ইমানা মচানি নুংশিবনা কৃষ্ণ ঐবু পুল্লি। য়ামনা হস্থনা খন্দুনা ঐবু ডাকপী য়োকপী ॥২১॥ ইতাওনি শেংনা নুংশিবনা ইতাওশিংনা ঐগী লেংবান্দা তোংই। নংনা কবম্বা অচৌবা মীনা নং-ঐ চপ মান্নৈ ॥২২॥ চান্নবীনা মতমদুদা মান (ওইনবা) তোই চৈহংলি। মদুবু বেদস্তুতিদগী হেন্না ঐগী পুক্লিংনা হুই (পেল্লি) ॥২৩॥ অসিগুম্বা শেংলবা ভক্তশিংগা পুন্না শ্রীবৃন্দাবন্দা পোকলগে। অঙকপা মথল মথা যামনা শান্নদুনা প্রেমভক্তি রসবু চাগে অমস্থং বাগভক্তিবু সন্দোক্নে অনিসিগীদমক শ্রীবৃন্দা বন্দা পোকলবে প্রেমভক্তি রসবু শ্রীকৃষ্ণনা চাররে ॥২৪॥ শ্রীকৃষ্ণনা থল্লি অদুগুম্বা বৈকুণ্ঠনচিংবদা অদুগুম্বা লীলাশিংদো শান্নদে। অসিগুম্বা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নরিবা লীলাদা ঐগী অঙকপা ওইরে ॥২৫॥ কৃষ্ণ ঐগীদমক্তা গোপীশিংগী রাখন্দা অখোইবা মবুংঙোনি নুংশিরি। কৃষ্ণ ঐনস্থু গোপীবু থোইদোকপী চান্নবিনি নুংশিরি॥ অদুবু মতিক চাওবী যোগ মায়ানা তৌখিবনি ॥২৬॥ মদুদা ঐনস্থু থংদে গোপীনস্থু মদুদা থংদে। অনিগী ইশক ইগুন্দা অনিগী নিত্তিগী পুকনিং হুনরী ॥২৭

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে স্থায়িভাবলহর্য্যাং ২১শ শ্লোক ॥

**যথোত্তরমসৌ স্বাদু বিশেষোল্লাসময্যপি। রতির্বাসনয়া স্বাদ্বী ভাসতে কাপি কস্যচিৎ ॥৫॥**

তথাহি—স্তবমালায়াং শ্রীচৈতন্যদেবস্য ১ম স্তবে ২য় শ্লোকঃ।

**সুরেশানাং দুর্গং গতিরতিশয়েনোপনিষদাং মুনীনাং সর্ব্বস্বং প্রণতপটলীনাং মধুরিমা।**
**বিনির্য্যাসঃ প্রেম্নো নিখিল পশুপালাম্বুজদৃশাং স চৈতন্যঃ কিং মে পুনরপি দৃশোর্যাস্যতি পদম্ ॥৫॥**

**অন্বয়ঃ**।—অসৌ—অদুগুম্বা, রতিঃ—রতিশিংদো, যথোত্তরং—মথং মথং, হেন্না, স্বাদবিশেষোল্লাস ময়ী—শান্তদগী দাস্যদগী সখ্যদগী বাসল্যদগী কান্তানা মহেল্লবমকপু, অপি—অমস্নং, বাসনয়া—রাথন্না তোপ্নবনা, কাপি—করিগুম্বা রতি অমনা, কস্যচিৎ—করিগুম্বা রতি অমদগী, স্বাদ্বী—হেন্না হাওবনা, ভাসতে—ওইরি। ইতি ॥ ৫ ॥

**অন্বয়ঃ**।—সুরেশানাং—ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী, দুর্গং—ফংবদা রারবা, উপনিষদাং—শ্রুতিশিংগী, অতিশয়েন—থোইদোকপা, গতিঃ—ফংনিংবা, মুনীনাং—মুনিশিংগী, সর্ব্বস্বং—মরন ওইবা, প্রণত পটলীনাং—ভক্তশিংগী, মধুরিমা—মীপুক হুরিবা, নিখিলপশুপালাম্বুজদৃশাং—মিংনা থম্বাল মানবী গোপীশিংগী, প্রেম্নঃ—মুংশিবগী, বিনির্য্যাস—মচিবু চারবা, সঃ—অদুগুম্বা, চৈতন্য—শ্রীচৈতন্যনা, মে—ঐগী, দৃশোঃ—মিৎ অনিগী, পদং—মফম্বু, উজববু, পুনঃ অপি—অমুক হন্না, কিং—করিনো, যাস্যতি—ফংডক-খিগদববা। ইতি ॥ ৬ ॥

রাগতনা [ অপাম্বতনা ] ধর্ম্ম থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐগা গোপীগা ফংনরি। করিগুম্বদা ফংনৈ, করিগুম্বদা ফংনদে। লাইগী নোংদমনি ॥২৮॥ অস্নুম্না অয়াম্বা রসগী মচিবু থন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা চারি। মসিনা মরম ওইদুনা দ্বাপরদা প্রেম ভক্তি শন্দোক্লুনা ভক্তশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা থোজানবিরি ॥২৯॥ ব্রজগী লুববা অপাম্ববু তারদুনা ভক্তশিংনা। অয়াম্বা ধর্ম্মবু কর্ম্মবু থাদোকই রাগ ভক্তিদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংই ॥৩০॥

**অনুবাদঃ**।—ভক্তশিংগী থোজানবীগে হায়বগী-মমক অসিগুম্বা মীপুক হুবা লীলারসবু চাই। মীওইবগী হকচাংবু চংজদুনা পোকলগা অদুম্না শাম্নবা লীলাশিংদো তাজরবতনা জীবশিংনা রাগ ভক্তিদা থরাই য়াওরকপনা ওইগদবা ওই। ইতি ॥৪॥

শ্লোক্তা—ভবেৎ— হায়বা ক্রিয়াসি বিধিলিংদা হায়রে। মদুদি রাগ ভক্তিসি তৌগদবনি তৌত্রবদি অকাইবনি হায়বনি ॥৩১॥ প্রেম ভক্তি রসবু পাম্বনা অদুম্না শ্রীকৃষ্ণনা পোকপগী মরুনি হিংচাবা হাং-পদি মতুংইন্না ওইবা মরমনি ॥৩২॥ অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য পূর্ণ ভগবান স্বয়ংনা। যুগ ধর্ম্ম শন্দোকপদি শ্রীচৈতন্যগী অপাম্বা নত্তে ॥৩৩॥ কবিগুম্বা মরম অমা নিংদুনা পোকপা মতমদা। যুগ ধর্ম্মগী মতমনা অদুগুম্বা মতম অদুদা তিললৈ ॥৩৪॥ মরম অনি-গীদমক ভক্তশিং লোইনদুনা চৈতন্যনা পোকই। প্রেম ভক্তি রস সঙ্কীর্ত্তণগী মহাওবু শ্রীচৈতন্যনা চাই ॥৩৫॥ মদুনা থোং ওইরগা চণ্ডাল য়োনা হরি নাম শোনহল্লি। শ্রীচৈতন্যনা প্রেম্না লংতুং ওইদুনা লেংলগা হরিনামগী মালাবু জগতত্ত পীবি ॥৩৬॥ মতৌ অস্নুম্না ভক্ত ভাব লৌদুনা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা। রাগা মুগা ভক্তি চংলি জগতত্ত্ব ভক্তিবু চংহল্লি॥৩৭॥ দাস্য-সখ্য-বাসল্য, অমদি, শৃঙ্গার কৌবা রস-মরিসিবু। দাস-প্রেম, সখ্য-প্রেম, বাৎসল্য প্রেম, কান্তা প্রেম, ভক্ত মরিসিনা পুরিবনি॥৩৮॥

স্তবমালায়াং শ্রীচৈতন্যদেবস্য ২য় স্তবে তৃতীয় শ্লোকঃ।

**অপারং কস্যাপি প্রণয়িজনবৃন্দস্য কুতুকী রসস্তোমং হৃত্বা মধুরমুপভোক্তুং কমপি যঃ।**
**রুচং স্বামাবব্রে দ্যুতিমিহ তদীয়াং প্রকটয়ন্ । স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং নঃ কৃপয়তু ॥৭॥**

তথাহি শ্রীস্বরূপগোস্বামী কড়চায়াং শ্লোকঃ।

**রাধাকৃষ্ণপ্রণয়বিকৃতির্হ্লাদিনী শক্তিরস্মাদেকাত্মানাবপি ভুবি পুরা দেহভেদং গতৌ তৌ।**
**চৈতন্যাখ্যং প্রকটমধুনা তদ্দ্বয়ঞ্চৈক্যমাপ্তং রাধাভাবদ্যুতিসুবলিতং নৌমি কৃষ্ণস্বরূপম্ ॥ ৮ ॥**

**অন্বয়ঃ।**- কুতুকী—হরাওববা, যঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, কস্যাপি—কনাগুম্বা, প্রনয়িজনবৃন্দস্য—শ্রীরাধাগী, কমপি হায়বা ঙমদ্রবা, অপারং—ঙমখৈ নাইদ্রবা, মধুরং—থুমলবা মধুর কৌবা, রসস্তোমম্—রসগী মপৈবু, হৃত্বা—হুবত্তনা, উপভোক্তুং চাগে হায়বগীদমক, ইহ. জগত্তা, তদীয়াং—শ্রীরাধাগী, দ্যুতিং—মঙানবু, প্রকতয়ন - ফোংদোক্তুনা, স্বাং—শ্রীকৃষ্ণগী, রুচং মঙানবু, আবব্রে—কুপশিনখিত্নুনা ওইবা, সঃ—অদুগুম্বা, চৈতন্যাকৃতি—শ্রীচৈতন্যগা মশক, দেবঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, নঃ—ঐখোইগী, অতিতরাং—খোদোক্না, কৃপয়তু—থৌজানবীসনু। ইতি ॥ ৭ ॥

মা-মানা চাবিবা বসনা পুন্নমক্তগী অথোইবনি নিংঙই। মাগী মাগী রতি রসতা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইবদা মথোঙগী পেল্লি ॥৩৯॥ মতমতুদা রস মরিগীময়াই লেপ্পুনা শ্রীকৃষ্ণনা থনলি। মতুদা বস পুন্নমক্তগী শৃঙ্গার রসনা হেন্না থোইনা পেল্লি ॥৪০॥

**অনুবাদ**ঃ—অদুগুম্বা রতিশিংদো মথং মথং হেন্না শান্তদগী দাস্যদগী সখ্যদগী বাৎসল্যদগী কান্তানা পুমহেন হেন্দুনমকসু অমস্তং রাথল্লা তোপ্পনা করিগুম্বা রতি অমনা করিগুম্বা রতি অমদগী হেন্না হাণ্ডবনা ওইরি। ইতি ॥৫॥

মরম অদুনা কান্তাপ্রেম শৃঙ্গারবু মধুর বস কৌই। স্বকীয়া ( মশাগী ) পবকীয়া [ শ্রীকৃষ্ণগী ] মধুবদা মখন অনি থোকই স্বকীয়ানা দ্বারীকাগী লুক্মিণীন-চিংবীনি ॥৪১॥ অনিসিদগী পরকীয়ানা অথোইবনি হেন্না পেল্লি। পরকীয়াদি ব্রজদা ওই পরকীয়াগী মশক্না অত্তোপ্পদা ওইদে ॥৪২॥ শ্রীকৃষ্ণদা পরকীয়াবু ব্রজগোপীনা তত্তনা খোগল্লি। গোপীশিংদগী শ্রীরাধানা পরকীয়া বসগী অথোইবীনি ঙমখৈনি ॥৪৩॥ থোইদোক্না লুরবী শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা নিংজবী প্রেমগী থোইদোকপিনি। শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুববা বসবু চানবগী মরমনি ॥৪৪॥ মরম অদুনা শ্রীরাধাগী পুকচেনবু লৌখি, শ্রীকৃষ্ণনা পোকলববা শ্রীগৌরাঙ্গনা মাগী অপাম্ববু থুংঙরি॥৪৫॥

**অনুবাদ**ঃ—ইন্দ্রনচিংবা লাইশিংগী ফংঙমদ্রবা, শ্রুতিশিংগী থোইদোকনা ফংনিংবা, মুনিশিংগী মরন ওইবা, মনাই ভক্তশিংগী মীপুক হুবিবা। মিংনা থম্বাল মাল্লবী গোপীশিংগী হুংশিবা প্রেমগী চিরবা বসগী মচিবু চাববা শ্রীচৈতন্যনা ঐগী মিং অনিগী মফমদা উজববু অমুক হন্না করিনো ফংঙকৃখি-গদববা। ইতি ॥৬॥

**অনুবাদ**ঃ।— হবাওববা শ্রীকৃষ্ণনা কনাগুম্বা বসগী মপৈ ওইবী, ময়ামদগী শ্রীরাধাগী হায়বা ঙম-দ্রবা ঙমখৈ নাইদ্রবা থুমলবা মধুর কৌবা রসগী মপৈবু, হুরত্নুনা চাগে হায়বগীদমকতা জগত্তা শ্রীরা-ধাগী মঙানবু ফোংদোকতুনা, শ্রীকৃষ্ণগী মঙানবু কুপসিনখিত্নুনা ওইবা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেবনা ঐখোয়বু থোইদোক্না থৌজানবিসনু। ইতি ॥৭॥

শ্রীরাধাভাব লৌনবগী মরম সঙ্কীর্ত্তন লিখেংশিন্নি হায়রে। ওইরকপা মরমশী মরমদো কোন্না লোত্তা হায়গে ॥৪৬॥ শ্রীরাধা ভাব লৌনবগী মরমদা অদিদি

তথাহি—শ্রীবিষ্ণুপুরাণে ১ম অংশে ১২ অঃ ৬৯ শ্লোকঃ।

**হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিত্ত্বয্যেকা সর্ব্বসংস্থিতৌ। হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥ ৯ ॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৪র্থ স্কন্ধে ৩য় অঃ ২১ শ্লোকঃ।

**সত্ত্বং বিশুদ্ধং বসুদেবশব্দিতং যদীয়তে তত্র পুমানপাবৃতঃ।**
**সত্ত্বে চ তস্মিন্ ভগবান্ বাসুদেবো হ্যধোক্ষজো মে মনসা বিধীয়তে ॥ ১০ ॥**

**অন্বয়ঃ।**—একা—নংগী মশক ওইবী, হ্লাদিনী—হ্লাদিনী কৌবী শক্তি, সন্ধিনী—সন্ধিনী কৌবী শক্তি, সম্বিৎ—সম্বিৎ কৌবী শক্তি, অহুমসিনা সর্ব্বসংস্থিতৌ—পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা, থোগনফম ওইবা, ত্বয়ি—ইবুঙোদা থোগল্লি, হ্লাদ—হরাওবা, তাপ—অৱাবা, করীমিশ্রা—অনিনা তিনশিন্নবা মশক্কা, গুণবর্জ্জিতে—মায়াগী গুন্না পক্তবা ত্বয়ি—ইবুংঙোদা নো—ওইদে। ইতি ॥ ৯ ॥

**অন্বয়ঃ।**—বিশুদ্ধং—অশেংবা, সত্ত্বং—অরেপ্পবু, বসুদেব শব্দিতং—বসুদেব কৌবা, যৎ—মরম অতুনা, তত্র—অশেংবা অরেপ্পদগী, অপাবৃতঃ—মায়া পকত্রবা, পুমান—বাসুদেবনা, ঈয়তে—ফোংদোকই, মে—ঐগী, তস্মিন সত্ত্বে চ—অতুগুম্বা অবেঙ্ক অশেংবদা পোকপা, ভগবান বাসুদেবঃ—শ্রীভগবান বাসুদেব কৌবা, অধোক্ষজঃ—ফংঙমদবা ইবুংঙোবু, চ—হন্না, মনসা পুক্নিংতনা, হি—লেপ্না, বিধীয়তে—নিংগদবা ওই নিংঙ্ই। ইতি ॥ ১০ ॥

তাবো। ভাব লোনবগী মৰম মড়াশুবা শ্লোক্তা হাযবি ॥৪৭॥ মঙাশুবা শ্লোক্কী অবেপ্পা থংননবা আভাসবু হায়বে। হৌজিক মঙাশুবা শ্লোক্কী অরেপ্পা অর্থবু ফোংদোকনা হ'য়রি ॥৪৮॥

**অনুবাদ :**—শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মশক পাল্লবী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিনি, মরম অসিদগী শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনিনা মশক অমত্তা ওইতুনসু, শ্রীবৃন্দাবনদা দ্বাপরদা শ্রীরাধা-কৃষ্ণ অনি ওইতুনা তোঙান তোঙান্না পোকখি। হৌজিক কলিদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা অমুক হন্না অমত্তা ওইনা পুল্লপ পূনশিন্নবা শ্রীরাধাগী পুকচেল কুচু মশক্কা তিন্নবা, পোক্লুনা ফোংদোক্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥ ৮ ॥

দশা অমত্তুনা হকচাং অনি থোকই শ্রীরাধা কৃষ্ণ কৌরে। মইহে মইহে শান্নমিন্নৈ রসবু শ্রীকৃষ্ণনা চান্নি ॥৪৯॥ হৌজিক শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা অমত্তা ওইননৈ চৈতন্য কৌরে, রসবু চানবগীদমক্তা অনিনা অমত্তা ওইরমনি ॥৫০॥ হকচাং অমত্তা ওইবগী মৰমদো মথাদা হায়রক্কে। হায়রিবসিদগী শ্রীগৌরাঙ্গগী মতিক খংগনি ॥৫১॥ শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবনা মশক পাল্লবী শ্রীরাধানি। শ্রীকৃষ্ণগী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিগী মশক্নি ॥৫২॥ হ্লাদিনীনা শ্রীকৃষ্ণদা থোগন্দুনা নুংঙাইববু চাহল্লি। হ্লাদিনীনা থোং ওইতুনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইবু য়োকলি ॥৫৩॥ অরেপ্পা, অথংবা নুংঙাইবা, অহুম্না থল্লবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী অমত্তা ওইবী চিচ্ছক্তিনা মশক অহুম পুথোকই ॥৫৪॥ মতুদি শ্রীকৃষ্ণগী আনন্দগী অংশনা হ্লাদিনী সৎকী অংশনা সন্ধিনি। চিৎকী অংশনা সংবিৎনি মাবু জ্ঞান্নি (খংবনি) হান্নরি ॥৫৫॥

**অনুবাদ :**—হে ভগবন ? নংগী মশক ওইবী হ্লাদিনী [ পেনৃহলবী ] কৌবী শক্তি, সন্ধিনী (অরেপ্প) কৌবী শক্তি, সম্বিৎ [ অথংবা ] কৌবী শক্তি, অহুমসিনা। পুম্নমক্কী তুংনফম থোগনফম ইবুংঙোদা থোগল্লি। হরাওবা অৱাবা অনিনা তিন্নশিনবা মশক ওইবা মায়াগী পুক্চেমা, মায়া পাক্তবা ইবুংঙোদা ওইদে। ইতি ॥৯॥

শ্রীউজ্জ্বলনীলমণৌ রাধা-প্রকরণে ২য় অঙ্কে ঃ—

**তয়োরপ্যুভয়োর্মধ্যে রাধিকা সর্ব্বথাধিকা। মহাভাবস্বরূপেয়ং গুণৈরতিবরীয়সী ॥ ১১ ॥**

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫।৩৭।

**আনন্দচিন্ময়রস প্রতিভাবিতাভিঃ স্তাভি র্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।**
**গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥ ১২ ॥**

**অন্বয়ঃ** ।—তয়োঃ— শ্রীরাধাচন্দ্রাবলী, উভয়োঃ— অনিগী, মধ্যে—মরক্তা, অপি—অমসুং, রাধিকা— শ্রীরাধানা, সর্ব্বথা—লেপ্পা পুন্নমক্তা, অধিকা—থোইদোকই, ইয়ং— শ্রীরাধানা, মহাভাবস্বরূপা— মহাভাবব মশক্তি, গুণৈঃ—গুণখিবিক্তা, অতিবরীয়সী— য়াম্না থোইদোকই। ইতি ॥ ১১ ॥

**অন্বয়ঃ** । অখিলাত্মভূতঃ—পুন্নমক্কী আত্মা ওইবা, যঃ— মানা, এব—লেপ্পা, আনন্দচিন্ময়রসপ্রতিভা বিতাভিঃ—মুংঙাইবা অখংবা অপেনবতা ওইবী, নিজরূপতয়া—মাগী মশক ওইবী, কালাভিঃ—হ্লাদিনীঃ ওইবী, তাভিঃ— শ্রীরাধামচিংবী গোপীশিংগা লোইননা, গোলোকএব—গোলোক্তা, নিবসতি—লৈয়ে, তং- অদুগুম্বা, আদি পুরুষং—পুন্নমক্তগী হানবা, গোবিন্দং—শ্রীগোবিন্দবু, অহং—ঐনা, ভজামি— নিংই। ইতি ॥১২

সন্ধিনীগী মচি ওইবা অংশনা শুদ্ধসত্ত্ব কৌবে। শ্রীকৃষ্ণনা অদুগুম্বা শুদ্ধসত্ত্বদা পোকই অমসুং লৈয়ে ॥৫৬॥ মতুদি মমা, মপা, লৈকম যুম, শয্যা, আসন, অতৈ। পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী শুদ্ধসত্ত্বনা ওইবা ভাক্তনি ॥৫৭॥

**অনুবাদ** ঃ।—অশেংবা অরেপ্পবু বসুদেব কৌই, মরমদুনা অশেংবা অরেপ্পদা মায়া পকত্রবা শ্রীবাসুদেবনা ফোংদোকই। অদুগুম্বা অরেপ্পা অশেংবদা পোকপা শ্রীভগবান্ বাসুদেব কৌবা ফংডমদবা ইবুংঙোবু হন্না ঐগী পুক্নিংনা লেপ্পা নিংই। ইতি ॥১০॥ শ্রীকৃষ্ণগী স্বয়ং ভগবান্নি হায়না সম্বিৎনা খংহল্লি। অয়াম্বা ব্রহ্মজ্ঞানচিংববু খংবদো শ্রীকৃষ্ণ খংবগী মখুং-চল্লি ॥৫৮॥ হ্লাদিনীগী মচিনা-প্রেম, প্রেমগী মচিনা ভাব কৌই। ভাবকী অথোইবা মশক্তা মহাভাব কৌই ॥৫৯॥ মহাভাবনা ওইবা মশক্তি শ্রীরাধা ঠাকুরানীনা। গুণ খিবিক্কী পোকৃফমনি শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিংগী কোকী মণিনি ॥৬০॥

**অনুবাদ** ঃ।—শ্রীরাধা চন্দ্রাবলী অনিগী মরক্তা অমসুং শ্রীরাধানা লেপ্পা পুন্নমক্তা থোইদোকই। শ্রীরাধানা মহাভাবকী মশক্তি গুণ খিবিক্তা য়াম[illegible] থোইদোকই। ইতি ॥১১॥

শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা শ্রীরাধাগী প্রান-ইন্দ্রি-হকচ[illegible] আত্মা ওই। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনি শ্রীরাধানা কৃষ্ণ[illegible] লীলাবু থোগনবিনি ॥৬১॥

**অনুবাদ** ঃ।— পুন্নমক্কী আত্মা ওইবা মা[illegible] লেপ্পা মুংঙাইবা অখংবা অপেনবনা ওইবী. মা[illegible] মশক ওইবী হ্লাদিনীনা ওইবী শ্রীরাধানচিংবী গো[illegible] পীশিংগা লোইননা গোলোক্ত লৈরে। অদু[illegible] পুন্নমক্তগী হানবা শ্রীগোবিন্দবু ঐনা নিংই। ইতি॥১[illegible] শ্রীকৃষ্ণদা রসবু অদুমনা শ্রীরাধানা চাহনব[illegible] অদুম্না লীলাগী শ্রীরাধানা ভেংবাংবা মরমবু তা[illegible] ॥৬২॥ শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীশিংনা মথক অদুম থো[illegible] উরি। অমনা শ্রীলক্ষ্মীশিং, অমনা পুরদা কুব্জা, রুক্মি[illegible] নচিংবা ময়ামনা ॥৬৩॥ অমদি চান্নবীশিংদগী থো[illegible] দোকপগী ব্রজগোপীগী মশকনি ॥৬৪॥ হায়া[illegible] পুন্নমকসি শ্রীরাধাদগী ওইখিবনি ॥৬৫॥ শ্রীকৃ[illegible] অবতারগী থোক্ফম ওইবগুম্না। শ্রীরাধানা, [illegible] গোপী, মহিষী পুন্নমক্কী থোকফমনি ॥৬৬॥

তথাহি - বৃহদ্গৌতমীয়তন্ত্রে—

**দেবী কৃষ্ণময়ী প্রোক্তা রাধিকা পরদেবতা। সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী সর্ব্বকান্তিঃ সম্মোহিনী পরা ॥ ১৩ ॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৩০ অঃ ২৩ শ্লোকঃ ঃ—

**অনয়া রাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ। যন্নো বিহায় গোবিন্দ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥ ১৪ ॥**

**অন্বয়ঃ** ।—রাধিকা—শ্রীরাধানা, দেবী—শান্ন হৈবীনি, কৃষ্ণময়ী—কৃষ্ণগী মশকনি, পরদেবতা—শ্রীকৃষ্ণগীদমক চংজফমনি, সর্ব্বলক্ষ্মীময়ী—পুম্নমক্কী থোক্‌ফম্‌নি, সর্ব্বকান্তিঃ—শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা পুম্নমক থুংহল্লীবিনি, সম্মোহিনী-শ্রীকৃষ্ণবু সুম্মাংপীনি, পরা—পুম্নমক্কুগী অথোইবীনি, প্রোক্তা—অসুম্না হায়রি। ইতি ॥১৩॥

**অন্বয়ঃ** ।—অনয়া——রাধানা, ভগবান—ঐশ্বর্য্য তরুক্কা থল্লবা, ঈশ্বরঃ—পুম্নমক্কী মরুংদ্রো ওইবা হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণবু, নূনং—লেপনা, অবাধিতঃ—নিংখি, যৎ—মরম অতুনা, গোবিন্দঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, প্রীতঃ—পেনবরু, সন্—ওইদুনা, নঃ—ঐখোয়বু, বিহায়—হুন্দোক্‌লমলগা, যাং—মাবু, রহঃ—অচিকৃপদা, অনয়ৎ পুখ্রবনি। ইতি ॥ ১৪ ॥

শ্রীলক্ষ্মীশিংনা শ্রীরাধাদগী তোপথোকপা মশক্নি। কুব্জা— রুক্মিনীনচিংবীশিংনা শ্রীরাধাদগী ফোংতোকপা মশক্নি ॥৬৭॥ অসিদগী গোপীশিংনা পুকচেল মশক্ তোঙাল্লি। গোপীশিংসি, শ্রীরাধানা রসগীদমক খামথোকৃপা মশক্নি ॥৬৮॥ অযাম্বী কান্তাশিংসি নত্তনা রসগী মুংঙাইবা ওইদে। লীলা রসগী তেংবাংনবগীদমক ময়ামসি পুথোকপনি ॥৬৯॥ ময়ামগী মরক্তুগী ব্রজদা গোপীশিংনা রসগী মখল মখল ওইবা পুকচেন্না। শ্রীকৃষ্ণদা রাসনচিংবা লীলা রসবু চাহল্লি ॥৭০॥ গোপীশিংদগী হেন্না শ্রীরাধানা কৃষ্ণবু মুংঙাইহন্দুনা সুম্মাংপিনি। শ্রীকৃষ্ণগী মরল্লী নিংজবীশিংদগী অথোইবা নিংজবীনি ॥৭১॥

**অনুবাদ** ঃ।—শ্রীরাধানা শান্নহৈবীনি শ্রীকৃষ্ণগী মশকনি শ্রীকৃষ্ণগীদমক চংজফমনি লক্ষ্মী পুম্নমক্কী গোপীশিংগীসু থোকফমনি। শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা পুম্নমক থুংহল্লি শ্রীকৃষ্ণবু সুম্মাংপীনি, পুম্নমক্কুগী অথোইবীনি অসুমনা হায়রি। ইতি ॥১৩॥

দেবী-হায়বসি মচুনা থোইনা ঙাম্না ফজবা হায়বনি। অমদি শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা লীলা রসগী লৈফমনি ॥৭২॥ কৃষ্ণ মরীনা মাগী মমুং মপান্দা কৃষ্ণতা ওই হায়বনি। থল্লুবদা য়েংউবদা শ্রীকৃষ্ণতবু ফাওনা উজবিনি ॥৭৩॥ অমদি প্রেম রসগী মশক ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিনি শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগা মশক অমত্তনি ॥৭৪॥ শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী অপেনবা মশক্তো নিংতুনতা লৈ। অতুনা পুরান্না শ্রীরাধিকা কৌই হায়রী ॥৭৫॥

**অনুবাদ** ঃ—শ্রীরাধানা ঐশ্বর্য্য তরুকনা থল্লবা পুম্নমক্কী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু লেপ্না নিংখি। মরম অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্দুনা ঐখোয়বু হুন্দোকলমলগা মাবু অচিকপদা পুখ্রবনি। ইতি ॥১৪॥

মরম অসিনা শ্রীরাধানা পুম্নমক্কী মরেম্মনি পেনবীনবা চংজফমনি। পুম্নমকপু য়োকলিবীনি জগৎকী মমানি ॥৭৬॥ সর্ব্বলক্ষ্মীদি হান্না মাগী অর্থবু হায়খবে। শ্লোক্তঃ। মত্তুদি অয়াম্বী লক্ষ্মীশিংগী মানা পোকফম তিনফমনি ॥৭৭॥ অমদি সর্ব্বলক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য তরুকপু হায়বনি। ঐশ্বর্য্যগী মরেম্মনি পুম্নমক্কুগী অথোইবী শক্তিনি ॥৭৮॥ নিংথিবা ফজবা অপাম্বা পুম্নমকনা রাধাদা তিন্দুনা লৈ। অতুনা অয়াম্বী লক্ষ্মীশিংগী রাধাদগী ফজবা ওইজবনি ॥৭৯॥

শ্রীবিষ্ণুপুরাণে ১৩ অঃ, ৫৫ শ্লোকঃ:—

**সোঽপি কৈশোরকবয়ো মানয়ন্মধুসূদনঃ। রেমে স্ত্রীরত্নকূটস্থঃ ক্ষপাস্বক্ষপিতাহিতঃ ॥১৫॥**

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে প্রথমলহর্য্যাং ১২৪ শ্লোকঃ:—

**বাচা সূচিতশর্ব্বরী রতিকলাপ্রাগল্ভ্যয়া রাধিকাং ব্রীড়াকুঞ্চিতলোচনাং বিরচয়ন্নগ্রে সখীনামসৌ।**
**তদ্বক্ষোরুহচিত্রকেলিমকরীপাণ্ডিত্যপারং গতঃ কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন কুঞ্জে বিহারং হরিঃ ॥১৬॥**

---

**অন্বয়** —ক্ষপিতাহিত॰ ফত্তববু কোকহল্লবা, সমধুসূদনঃ—অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা, অপি—অমসুং, কৈ-শোরক বয়ঃ—মথোংকাবকপা মীওইবু, মানয়ন—মতিক ওকহনগে থন্দুনা, স্ত্রীবত্নকুটস্থঃ—গোপীশিংগা লোইননা, ক্ষপাস্থ - অহিং খিবিক্তা, রেমে—শান্নখি। ইতি ॥ ১৫ ॥

**অন্বয়ঃ**। সখীনাং—সখীশিংগী, অগ্রে—মমাংদা, সুচিত শর্ব্ববা বতিকলাপ্রাগনভ্যযা—অহিংগী রতি লীলাদা থোনা ফবব ফোংদোকনা, বাচা—ব্রাহৈনা, হায়দোকপতনা, বাধাং—শ্রীরাধাবু ব্রীডা কুঞ্চিত লোচনা —ইকাইতুনা মিং উইশিনহলবব্, বিবচয়ন্—তৌহন্দুনা, তদ্বক্ষাকুহচিত্রকেলী মকরী পাবং—শ্রীবাধাগী থবাক্ত স্তন্দা য়েকপা, শান্নবা হৈশিংনা ভমখৈ য়োবব, গতঃ—ফংবা, অসৌ—অতুগুম্বা, হবিঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, কুঞ্জে—কুঞ্জদা, বিহাবং কলযন্ - শান্নতুনা, কৈশোরং— প্যাথং মচাগী মীওইবু, সকলী কবোতি—মহৈ য়ানহল্লি। ইতি ॥ ১৬ ॥

---

অমদি কান্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা অপাম্ববু হায়রি। শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা পুন্নমক শ্রীবাধাদা লোইনা লৈএ ॥৮০॥ অতুনা শ্রীবাধানা কৃষ্ণগী অপাম্ববু থুংহল্লি। সর্ব্বকান্তিগী অর্থব হায়ববা অসিনি ॥৮১॥ জীববু সুস্কাংগী শ্রীকৃষ্ণবুসু সুস্কাংপী শ্রীবাধানি অতুনা পুন্নমক্তগী অহেনবী মবেম্মনি ॥৮২॥ শ্রীরাধানা শক্তিগী মপু॑নি শ্রীকৃষ্ণনা শক্তিগী মপুনি। মশক অনি অসি অমত্তনি লাইরিক্তা হায়বি ॥৮৩॥ কস্তুবী চন্দনগা মনমগা অতুম্না তোপ্তবগুমনা। মৈগা মৈ-ভানগা করিগুম্বদা তোপ্তবগুমনা ॥৮৪॥ তত্তনা অতু-গুম্না শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিনা তোপ্তে অমতনি। অতমনা ব্রজদা লীলা বস চানবগীদমক্তা শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনি ওইবনি ॥৮৫॥ প্রেমভক্তিবু তম্বীগে হায়বগীদমক শ্রীকৃষ্ণনা পোকপনি। শ্রীবাধাগী কুচু পুকচেল অনিবু লৌতুনা ॥৮৬॥ শ্রীকৃষ্ণমকনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌতুনা পোকলবে। অসিগুম্বা মভাক্তবা শ্লোক্কী অর্থবু শন্দোক্তা হায়জরে ॥৮৭॥ হৌজিক তককত্তবা শ্লোক্কী অর্থবু হায়গদবদা। হান্না শ্লোক্কী অরেপ্পা থংনবা হায়জখিগে ॥৮৮॥ প্রেম, নাম সঙ্কীর্ত্তণ য়েন্-নবগীদমক প্রভুনা পোকপনি। হায়বসি মপানগী মরমনি, মতুবু হান্না হায়খরে ॥ ৮৯ ॥ অবতারগী অতোপ্পা মরু ওইবা অমা লৈবি। মতু শ্রীকৃষ্ণ রসিকশেখরগী মরুওইবা থবক্নি ॥৯০॥ য়াম্না থুপ্পা মবমনি মদো মথন অহুম থোকই। মতু স্বরূপদা-মোদবদগী অরেপ্পা মশক যেন্থোকলকই ॥৯১॥ স্বরূপ-গোসাঞিনা প্রভুগী য়ামনা থুপ্‌লবা মগুং চন্‌বনি। প্রভুগী অথুপ্পা পুম্‌নমক্ মাতনা খংডি ॥৯২॥ প্রভুগী থমোইদা শ্রীবাধাগী পুকচেন্দো ওইরে। পুকচেন্দুদা মুংভাইবা অব্বাবনা তত্তনা হৌগংলে ॥৯৩॥ শেষ-লীলাদা প্রভুগী শ্রীকৃষ্ণ কাইনবনা ময়াই কাখরে। ইডক ডকলে, অমদি ওন্থোকপদা ভাংলক্লে ॥ ৯৪ ॥ উদ্ধব উবদা শ্রীবাধানা চেলখিবা পুকচেনগুম্‌না। অতুগী ব্র'থন্দা অহিং মুংথিন্দা ময়াইত্তা কাখরে ॥৯৫॥ অহিংদা স্বরূপকী ভক্তা কোন্দুনা প্রভুনা বিলাস তৌই। প্রভুনা চংলিবা পুক্লিংদো কোনা হায়-দোকই ॥৯৬॥ মতমতুদা অচুম্বা পুকচেন প্রভুগী

তথাহি শ্রীবিদগ্ধমাধবে ৭ম অঙ্কে ৩য় শ্লোকঃ

**হরিরেষ নচেদবাতরিষ্যন্মথুরায়াং মধুরাক্ষি-রাধিকা চ। অভবিষ্যদিয়ং বৃথা বিসৃষ্টির্মকরাঙ্কস্ত বিশেষ তস্তদাত্র ॥১৭॥**

শ্রীগোবিন্দলীলামৃত ৮ম সর্গে ৭৭ শ্লোকঃ

**কস্মাদ্‌বৃন্দে প্রিয়সখি হরেঃ পাদ মূলাৎ কুতোহসৌ কুণ্ডারণ্যে কিমিহ কুরুতে নৃত্যশিক্ষাং গুরু কঃ। তং ত্বন্মূর্ত্তি পতিতরুলতাদ্বি দিগ্বিদিক্ষু স্ফুরন্তী শৈলূষীব ভ্রমতী পরিতো নর্ত্তয়ন্তী স্বপশ্চাৎ ॥১৮॥**

**অন্বযঃ** ।—শ্রীপৌর্ণমাসীনা—হে মধুরাক্ষি— হে মিৎয়েং ফজবী বৃন্দে। মথুরায়াং— মথুরা মণ্ডলদা; শ্রীবৃন্দাবন্দা। এসং - অসিগুম্বা, হরিঃ - শ্রীকৃষ্ণনা, চ হন্না, রাধিকা—শ্রীরাধানা, চেৎ—মতমসিদা, ন-অবতরিষ্যৎ —পোকলমদ্রবা, তদা—মতম অদুদা, বিসৃষ্টিঃ - ব্রহ্মাগী সৃষ্টি অসি, বৃথা – অবেম্বা, অভবিষ্যৎ — ওইরমগদবনি, অত্র —সংসারদা, মকরাঙ্কং—কামদ, তু —হন্না, বিশেষত —থোইদোকনা মাংলমগদবনি। ইতি ॥১৭॥

**অন্বয** —প্রিয়সখি বৃন্দে—হে বৃন্দা চানবী ইতা, কস্মাৎ - দাইদগী, হরেঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, পাদ মূলাৎ —চরণগী নাক্তগী, অসৌ—শ্রীকৃষ্ণদো, কুতঃ—কদাইদা লৈহৌই, কুণ্ডারণ্য—শ্রীরাধাকুণ্ডগী মনাক্তা মদন সুখদাদা লৈহৌই, ইহ—হৌজিক কুণ্ডদা, কিং—করিবু, কুরুতে—তৌহৌরিবা, নৃত্যশিক্ষাং—জগোই তম-হৌই, গুরুঃকঃ— তম্বীবা গুরুনা কনানো, প্রতিতরুলতাং—উ অমসুং উরি খুদিংদা, দিগ্বিদিক্ষু—মাইকৈ খুদিংদা, শৈলূষীব—থোইদোক্লা জগোই হৈবা ওঝা ওইনা, স্ফুরন্তী— ফাওবরবা, ত্বন্মূর্ত্তিঃ— নংগী মতিনা গুরু ওইদুনা, তং—শ্রীকৃষ্ণবু, স্বপশ্চাৎ - মতুংইন্না, নর্ত্তয়ন্তী—জগোই শাহনদুনা, পরিতঃ—মাইকৈ পুম্নমক্তা, ভ্রমতি—কোইনা চৎলি। ॥১৮॥

থমোইদা হোগৎলকপা মতু দামোদরনা ঈশৈ শক-তুনা শ্লোক থিদুনা প্রভুদা মুংঙাইহল্লি ॥৯৭॥ হায়-বিরশিংসি হৌজিক করিসু হায়রবোই। হায়বিরসি কোন্না হায়রকলি ॥৯৮॥ ব্রজদা দ্বাপরদা শ্রীকৃষ্ণগী মীওই অহুমনি। কৌমার পৌগণ্ড য়ান্না থুপলবা কৈশোর ॥৯৯॥ কৌমারনা, মমা-মপা মহৈ য়ান-হল্লি। পৌগণ্ডনা মতাওশিংবু মহৈ য়ানহল্লি ॥১০০॥ কৈশোরমা শ্রীরাধানচিংবীগা পুন্না রাস শান্নৈ। শ্রীকৃষ্ণনা নিংবা থুংনা রাসগী মচিবু চুপ্পী ॥ ১০১ ॥ কৈশোরনা জগৎ পুম্নমকসি অপাম্বা মুংশিবনা। রাস লীলাদা ওইহল্লি ॥১০২॥

**অনুবাদ ঃ**— ফত্তববু কোকহল্লবা অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা অমসুংপাথং মচাগী মথোৎ কারকপা মী-ওইবু মতিক্ ওকহনগে খন্দুনা গোপীশিংগা লোই-ননা অহিং থিবিক্তা শান্নথি। ইতি ॥১৫॥

**অনুবাদ ঃ**— শ্রীকৃষ্ণনা সখীশিংগী মমাংদা শ্রীরাধানা অহিংদা রতি লীলাদা থৌনাফবরু, য়াহৈনা হায়দোকপতনা শ্রীরাধাবু ইকাইবনা মিৎ উইশিন-হল্লগা, রাধাগী বক্ষদা স্তন্দা য়েকপা শান্নবা হৈশিং-বগী ডমথৈ য়োৎবরু ফংবা অহুগুম্বা। শ্রীকৃষ্ণনা কুঞ্জদা শান্নদুনা পাথং মচাগী মীওইবু মহৈ য়ানহল্লি। ইতি ॥১৬॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীপৌর্ণমাসীনা, হে মিৎয়েং ফজবী বৃন্দে! শ্রীবৃন্দাবন্দা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা অমসুং শ্রীরাধানা মতম অসিদা পোকলমদরবা মতম অহুদা

তথাহি—দানকেলিকৌমুদ্যাং ২য় শ্লোক ॥

**বিভুরপি কলয়ন্ সদাভিবৃদ্ধিং গুরুরপি গৌরবচার্য্যয়া বিহীন।**
**মুহুরুপচিতবক্রিমাপি শুদ্ধো জয়তি মুরদ্বিষি রাধিকানুরাগঃ ॥১৯॥**

**অন্বয়ঃ।**—বিভুঃ—থনবা, অপি—ওইত্নকপু, সদা—মতম পুম্নমক্তা, অভিবৃদ্ধিং - হন্না চাওথৎপব্, কলয়ন্—তৌত্না, গুরুঃ—অথোইবা, অপি ওইত্নমকপু, গৌরবচার্য্যয়া—চাওথোকপব্, বিহিনঃ—তৌদে, মহুঃ—হননা, উপচিতবক্রিমা— অশাওবনা মকন্নগদবা, অপি—ওইত্নমকপু, শুদ্ধঃ—শেংলবা, মরদ্বিষি —শ্রীকৃষ্ণদা, রাধিকা অনুরাগঃ—শ্রীরাধাগী প্রেম অনুরাগনা, জয়তি—জয় ওইবি। ইতি ॥১৯॥

ব্রহ্মাগী সৃষ্টি অসি অবেপ্না ওইরমগদবনি, সংসাবদা কামনা হেন্না থোইদোকনা মাংলমগদবনি। ইতি ॥ ১৭ ॥

মতৌ অসুম্না দ্বাপবদা বসগী যুম্ফম শ্রীকৃষ্ণনা। বসগী যুম্ফম ওইত্নমকপু বসগী মচিবু চাই ॥১০৩॥ চাত্নমকপু শ্রীকৃষ্ণনা অপাম্বা অহুম থুংখিদে। অহুমত্বু মতমসিদা চানবগীদমক্তা চেকশিন্না তৌ-ত্না চারি ॥১০৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী অহানবা অপাম্বদো মখাদা হায়রিয়ে। শ্রীকৃষ্ণনা হায় ঐনা বসগী থোকফমনি ॥ ১০৫ ॥ মুংডাইবনা থনবা অখংবনা থনবা অবেপ্পনি। অত্নবু রাধাগী প্রেমনা ঐবু ময়াই কাহল্লি ॥১০৬॥ শ্রীবাধানা মুংশিবনা কয়া য়ামনা পাঙ্গনবা ঐ থংদে। প্রেমগী পাঙ্গন্না লৈবা থিবিক্তা ঐবু ভাওহল্লি ॥১০৭॥ রাধাগী প্রেমনা গুরুনি ঐনা জগোইশাবা শিখানি। মতম পুম্নমক্তা ঐনা অয়াম্বা অডকপা জগোই শাই ॥১০৮॥

**অনুবাদঃ।**—শ্রীবাধানা—হে বৃন্দা। চান্নবী ইতা নং কদাইদগী, বৃন্দানা শ্রীবৃষ্ণগী চরণগী মনাক্তগী শ্রীকৃষ্ণদো কদাইদা লৈহৌই? শ্রীবাধাকুণ্ডগী মনাক্তা মদনসুখদাদা লৈহোই, হৌজিক কুণ্ডদা করিবু তৌ-হৌরিবা. জগোই তমহৌই। তন্বীবা গুরুনা কনানো উ অমসুং উরি থুদিংদা মাইকৈ খুদিংদা থোইদোক্লা জগোই হৈবী ওঝা ওইনা ফাওরবা নংগী মূত্তিনা গুরু ওইত্না। শ্রীকৃষ্ণনা ১ মতুংইন্না ইন্না জগোই শাহন্দুনা মাইকৈ পুম্নমক্তা কোইনা কোইনা চৎলি। ইতি॥১৮

শ্রীবাধাগী প্রেমবসবু ঐনা চাবদা হবাওবাদা ঐনা হবাওবদগী কোটি গুণ হেন্না শ্রীবাধানা হবাওই ॥১০৯॥ ঐনা অত্নম্ন মহৈ মহৈ অপনবা ধর্ম্মদা চংপে। শ্রীবাবাগী নু শিবাদা অসুম্ন মতম খিবিক্তা অপনবা বম্মনি ॥১১০॥ শ্রীবাবাগী প্রেমদো থল্লে প্রেমগী চাওথৎনিংঙাই লৈত্রে। লৈত্রমকপু প্রেমদো মিকুপ মিকুপকী চাওখৎলি ॥১১১॥ প্রেমদগী হেনবা অচোব, অমা লৈতে অবেপ্পনি। চাওত্নমকপু শ্রীরাধানা চাওথোকপা তৌদে ॥১১২॥ প্রেমদো পুম্ন-মক্তগী অশেংবনি, অতোপ্পা অনিগুবা লৈতে। শেংত্নমকপু লৈবা খিবিক্তা শাওগনবা অথোইবা পূকচেন্না শেংহল্লি ॥১১৩॥

**অনুবাদ।**— প্রেমনা থনবা ওইত্নমকপু মতম পুম্নমক্ত হেন্না চাওথৎপব্ তৌত্না. অথোইবা ওই-ত্নমসু চাওথোকপব্ তৌদে। হন্না অশাওবনা মকন্ন-গদবা ওইত্নমকপু. শেংলবা শ্রীকৃষ্ণদা শ্রীবাধাগী প্রেম অনুবাগনা জয় ওইবি। ইতি ॥১৯॥

অত্নগুম্বা প্রেমদো শ্রীবাধানা থোইদোকনা পুরি। প্রেম অত্নগী অরেপ্পা মপুদি কৃষ্ণ ঐহাকনি ॥১১৪॥ প্রেমদো মপু ঐনা চারগা ঐনা মুংডাইরি। ঐনা মুংডাইবদগী কোটি গুণ হেনবা পুরিবী রাধানা মুংডাইবি ॥১১৫॥ প্রেম পুরিবী রাধাগী মুংডাইবব্ ফংনিংঙকলে চানিংলে। চেকশিনবনা চাগদবদা

তথাহি—শ্রীললিতমাধবে ৮ম অঙ্কে ৩২ শ্লোক :—

**অপরি কলিত-পূর্ব্বঃ কশ্চমৎকারকারী স্ফুরতি মম গরীয়ানেষ মাধুর্য্যপূরঃ।**
**অয়মহমপি হন্ত প্রেক্ষ্য যং লুব্ধচেতাঃ সরভসমুপভোক্তুং কাময়ে রাধিকেব ॥২০॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৪৪।১৩ শ্লোকঃ।

**অটতি যদ্ভবনাহ্নি কাননং ত্রুটি যুগায়তে ত্বামপশ্যতাম্।**
**কুটিলকুন্তলং শ্রীমুখঞ্চতে জড় উদিক্ষতাং পক্ষ্মকৃদ্‌ দৃশাম্ ॥২১॥**

**অন্বয়ঃ**।— অপরিকলিত পূর্ব্বঃ— মমাংঙৈদা থংখিদ্রবা, চমৎকারকারী— অঙকপা পোকপা, কঃ—হায়নিংঙাই লৈতবা, গরীয়ান্—অথোইবা, এষঃ— অসিগুম্বা, মম—ঐগী, মাধুর্য্য পূরঃ—মীপুক হুবগী মপৈনা, স্ফুরতি—ফাওররে, যং—মাবু, প্রেক্ষ্য - উরগা, অয়ং—মসিবু, অহং অপি—কৃষ্ণ ঐমক্না, লুব্ধচেতাঃ—পাম্‌লবা পুক্নিংনা, রাধিকেব— রাধাগুম্না, সরভসং— হরাওবগা লোইননা, হন্ত - ওয়োকপনি উপভোক্তু—চাগে হায়বগীদমক্তা, কাময়ে—পামই। ইতি ॥২০॥

**অন্বয়ঃ**।—যৎ— মতমদুদা, অহ্নি—মুংথিন্দা, ভবান্— নংনা, কাননং— বৃন্দবন্দা, অটতি - চৎলিবা ত্বাম—নংবু, অপশ্যতাং—উদ্রবীশিংগী, ত্রুটিঃ—ক্ষণ তথাইবু, যুগায়তে—যুগ অমগুম্না নিংই, তে নংগী, কুটিলকুন্তলঃ—খোইববা শমজোইনা, শ্রীমুখং—লৈতেংলবা শ্রীমুখবু, চ—হন্না, উদীক্ষতাং—উবা ফলবশিংগী, দৃশাং—মিৎকী, পক্ষ্মকৃৎ—মিৎ কুপহল্লিহবা, জড়ঃ- ব্রহ্মা নংনা ফকচনবনা, এব—লেপ্না ওইবে। ইতি ॥২১॥

ভমদ্রে, করি উপাই লৈ থল্লি ॥১১৬॥ করিগুম্বদা প্রেমসি কৃষ্ণ ঐনা পুরগে থল্লে। পুরবদা অসিগুম্বা প্রেম পুবগী মুংঙাইবা থংগনি ॥১১৭॥ অসি থন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা খোইনা হবাওনা লৈ। অপাম্বদো চাওখৎলকলে থমোইদা তথক তথক্লে ॥১১৮॥ মসি অহানবদা অপাম্বনি, অনিশুবা অপাম্বা মশক ভারো! মত্তদি— মীপুক হুববা মাগী শকপু উরগা, শ্রীকৃষ্ণনা থল্লি ॥১১৯॥ অঙকপা ভমথৈ নাইদবনা থল্লবা ঐগী মীপুক হুবনি। মরোন অহুমদা কনানা ঐগী মাধুর্য্যগী মথৈ ফংদে ॥১২০॥ শেংলবা প্রেম অতুনা লেপ্না শ্রীরাধা মতোমতমা। ঐগী মীপুক হুবা রস পুম্নমকপু লোইনা চুপলি ॥১২২॥ তৌইগুম্বস্থং শ্রীরাধাগী লূববা অরেপ্পা প্রেম—মিংশেন্না। লূহুনমকপ্ মিকুপ মিকুপকী প্রেমদো লূবা চাওখৎলি ॥১২২॥ অতুগা ঐগী মীপুক হুবনা চাওখৎনিংঙাই লৈত্রবনি, অতুব রাধাগী প্রেম-মিংশেনগী মমাংদা অনৌ অনৌবা মশক্না ভাম্ভোকলি ॥১২৩॥ ঐগী মাধুর্য্য, রাধাগী প্রেম অনিসিনা হেন্‌কৎনরি। মিকুপ মিকুপকী হেনকৎলি কনানা হন্তবা নাইদে ॥১২৪॥ ঐগী মাধুর্য্যনা নিতিগী ইনৌতা নৌই। মাধুর্য্যবু মা-মানা মুংশিবগী মতু-ইন্না ভক্তশিংনা চারি ॥১২৫॥ অতুগুম্না মিংশেন্না চিংবদা মীপুক হুবা মশকপ্ উবা মতমদা। শ্রীকৃষ্ণ মশানা বসবু চাগে পামই চাবা ফংদে ॥১২৬॥ ফংদ্রবদা থল্লগা বস চান্‌বগী উপাই মশক। লেপ্পদগী শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী মশক অদো মতমসিদা ফংনিংলে ॥১২৭॥

**অনুবাদ:**।— মণিগী ফকলাংদা মমি উবদা শ্রীকৃষ্ণনা হায়—মীপুক হুরবা বসসি ওয়োকপনি মমাংঙৈদা ওইখিদ্রবা অঙকপা পোকপা, হায়নিংঙাই লৈতবা অথোইবা অসিগুম্বা ঐগী মীপুক হুবনা তিল্লবা মপৈনা ফাওররে। মাবু উরগা—মসিবু কৃষ্ণ ঐমক্না পাম্‌লবা পুকনিংনা শ্রীরাধা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৮২ অঃ ২৭ শ্লোক

**গোপ্যশ্চ কৃষ্ণমুপলভ্য চিরাদভীষ্টং যৎপ্রেক্ষণে দৃশিষু পক্ষ্মকৃত শপন্তি।**
**দৃগ্ভির্হৃদীকৃতমলং পরিরভ্য সর্বাস্তদ্ভাবমাপুরপি নিত্যযুজাং দুরাপম্ ॥২২॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ২১ অ ৭ শ্লোকঃ :—

**অক্ষণ্বতাং ফলমিদং ন পরং বিদামঃ সখ্যঃ পশূননুবিবেশয়তোর্বয়স্যৈঃ।**
**বক্ত্রং ব্রজেশসুতয়োরনুবেণুজুষ্টং যৈর্বা নিপীতমনুরক্তকটাক্ষমোক্ষম্ ॥২৩॥**

**অন্বয়ঃ**।— যা গোপ্যঃ— গোপীশিংনা, যৎপ্রেক্ষণে— অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা, দৃশিষু— মিত্তা, পক্ষ্মকৃতং—মিৎকুপ শেম্বা ব্রহ্মাবু, শপন্তি—চৈবি, সব্বা গোপ্যঃ—অযাম্বা গোপীশিংনা, অভিষ্টং অপাম্বা, কৃষ্ণং—শ্রীকৃষ্ণবু, চিরাৎ—কুইরবগী মতুংদা, উপলভ্য—নক্না ফংজবদা, দৃকভিঃ—মিত্তন মরম ওইদুনা, হৃদিকৃতং—থমোইদা পুনশিন্দুনা, অলং— থোইদোক্না, পরিলভ্য— কোনদুনা থমজৈ, নিত্যযুজাং— সিদ্ধ যোগিশিংনা অমসুং কক্মিণীনচিংবীনা, অপি—অমসুং, দুরাপং—ফংঙমদবা, তদ্ভাবং— অদুগুম্বা পুকচেনবু, আপুঃ—গোপীশিংনা ফংই। ইতি ॥২২॥

**অন্বয়ঃ**।—সখ্যঃ হে ইতাশা, বয়স্যৈঃ—সখাশিং গা লোয়নননা, পশূন্—মণ খিবিক্কা, অনুবিবেশয়তোঃ—মতুং ইনদুনা বন্দা লেংশিল্লিবা, ব্রজেশসুতয়োঃ—শ্রীবাম কৃষ্ণগী, অনুবেণুজুষ্টং—তদুনা বণু খাংলিবা, অনুরক্তকতাক্ষমোক্ষং—নুংশিবা মিংযেং না তিল্লবা, বক্ত্রং—মাইথোং, যৈঃ—মখোইনা, নিপীতং—চংখোল্লা উজবা, অক্ষণ্বতাং—মিৎ পানবশিংগী, ইদং বৈ— শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু লপা উবিবদো, ফলং—মহৈ য়াল্লবনি, পরং অসিদগী অহেনবা মিৎকী মঙ্গলবু, ন-বিদাম—এইখোইনা খংদ্রে। ইতি ॥২৩॥

গুম্না হবাওবগা লোইননা, ওহোকপনি চাগ হায-বগীদমক্তা পামই। ইতি ॥২০॥

শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুবগী মশাগী মপাঙ্গল অমা লৈ। মতুতনা শ্রীকৃষ্ণনচিংবা নিপা নিপী পুন্নমক তম্মাঃ তশোয়হল্লি ॥১২৮॥ মাধুর্য্যবু তাবদা, উবদা পুম্নমক্কী পূক্লিংবু চিংই। বসবু চানবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা যত্না তৌই ॥১২৯॥ মতুদি—মাধুর্য্য বসবু তঙুনা মীতুনা থক্লবদা। খোরাংবা কোক্তে তত্তনা খো-রাংবা চাওথৎলি ॥১৩০॥ গোপীনা উবদা পেন্দতুনা ব্রহ্মাবু দোষ তৌরকই। হায়বকই— হে ব্রহ্মা। হৈশিংদেদা। জগৎ শেম্ব হৈতেদা ॥১৩১॥ মিৎ কোত্তি পীদে পুম্নমক্তা মিৎ ১তা পালহল্লি। পেন্দে-মতুদা অমুকস্থ মিৎ কুপ্লে এনা শ্রীকৃষ্ণবু করম্না উগবা ॥১৩২॥

**অনুবাদ**: গাপীশিংনা মতম অদুনা নুংথিন্দা নংনা বৃন্দাবন্দা চৎলিবা নংবু উদ্রবীশিংগী ক্ষন-তংথাইবু যুগ অমনি নিংই। নংগী খোইববা শম-জোহনা লৈতেংলব, শ্রীমুখবু উবা ফংলবশিংগী মিৎকী মিংকুপ্পদা শাওদুনা ব্রহ্মা নংনা ফকচন-বনা লেপনা ওইবে হায়রকই। ইতি ॥২১॥

**অনুবাদ**।— গোপীশিংনা অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু উবদা মিত্তা মিংকুপশেম্বা ব্রহ্মাবু চৈরি। অমাম্বী গোপীশিংনা অপাম্বা শ্রীকৃষ্ণবু কুইরবগী মতুংদা নক্না উজবদা মিত্তনা মরম ওইদুনা, থমোইদা পুনশিনদুনা শ্রীকৃষ্ণবু কোনদুনা থমজৈ। সিদ্ধ যোগিশিংনা অমদি কক্মিণীনচিংবীনা অমসুং ফংঙমদবা অদুগুবা পুকচেনবু গোপীশিংনা ফংই। ইতি ॥২২॥

শ্রীকৃষ্ণবু য়েংজবা নত্তনা মিৎকী মহৈ য়াল্লে। মীদুনা শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা যাগী লাইবক করে ॥১৩৩॥

তথাহি—শ্রীভাগবতে ১০।৪৪।১৩ শ্লোকঃ

**গোপ্যস্তপঃ কমচরন্ যদমুষ্যরূপং লাবণ্যসারমসমোর্দ্ধমনন্যসিদ্ধম্।**
**দৃগ্‌ভিঃ পিবন্ত্যনুসবাভিনবং দুরাপমেকান্তধাম যশস শ্রিয় ঐশ্বরস্য ॥২৪॥**

তথাহি—গৌতমীয় তন্ত্রে

**প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রাথম্ ইত্যুদ্ধবাদয়োঽপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ ॥২৫॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—গোপ্যঃ—গোপীশিংনা, কিংতপং—করি তপস্যা, অচরন্—তৌখ্রবগনা, যৎ—মরম অদু-দগী, দৃগভিঃ—মিৎ খিবিক্না, অমুষ্য—অশুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী, লাবণ্যসারং—ফজবনা মপুং ফাবা, অস-মোর্দ্ধং—মানবা, অহেনবা লৈতবা, অনন্যসিদ্ধং—মতোমতনা পাংথোকপা, অনুসবাভিনবং—তত্তনা তনৌ তনৌবা, যশস—মিংচৎকী, শ্রিয়—নিংথিজবগী, ঐশ্বরস্য—তৌবা ঙম্বা ভরুক্কী একান্তধাম—লোং-দনা লৈফম ওইবা, দুরাপং—ফংডমদ্রবা, রূপং—মশকপু, পিবন্তি—থক্রি। ইতি ॥২৪॥

**অন্বয়ঃ**—গোপরামাণাং—গোপীশিংগী, প্রেমা—নুংশিবদা, এব—লেপ্পা, কামং—কাম কৌই, ইতি—অসুম্না, প্রথাং—ফাওবর, অগমৎ—থি, ইতি—মরম অদুনা, উদ্ধবাদয়—উদ্ধবনচিংবা, ভগবৎ-প্রিয়াঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংনা, অপি—অমসুং, এতৎ—প্রেম অদুবু, বাঞ্ছন্তি—পামই। ইতি ॥২৫॥

**অনুবাদঃ**—হে ইতাশা। মতাওশিংগা লোই-নবা যশ খিবিক্কী মতুং ইন্দুনা বৃন্দাবনদা লেংশিন-লিবা শ্রীরাম কৃষ্ণ অনিগী তত্তনা বেণু খোংলিবা, নুংশিবা মিংথংনা তিল্লবা মাইথোংবু লেপ্পা চংথোম্না উজবা, মিং পানবশিংগী শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু লেপনা উবিবদো মহে য়াল্লবনি। মসিদগী অহেনবা মিংকী মঙ্গলবু ঐথোইনা অমা থংদে। ইতি ॥২৩॥

**অনুবাদঃ**—মথুরা নাগরীশিংনা—ব্রজগী গোপী-শিংনা করি তপ তৌখিবনো? মিৎনা মরম ওই-দুনা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবনা থল্লবা, মানবা অহেনবা লৈত্রবা মতোমতনা ফজবা, তনৌ তনৌবা, মিকুপ খুদিংগী অনগৎপা ফজবা, মিংচৎ ফজবা অমসুং তৌবা ঙম্বা ভরুক্কী লেংদবা লৈফম ওইবা। চংথোনবা খি-বিক্কী লেংদবা লৈফম ওইবা, ফংডমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপামৃতবু থকলিবা। ইতি ॥২৪॥

অঙকপা মীপুক হুবা গুম্মি ওইথোক্কবা গুণগী মপাং-গম্মি। মীপুক হুবগী গুণ তাবদা মাধুর্য্যদা পুক্নিং চেনশিল্লি ॥ ১৩৪ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু শ্রীকৃষ্ণনা অপাম্বা পাকই; চাখোন্না চাবা ডমদে চানিংবনা পুক্নিংদা লাংতকহুনা লৈ ॥১৩৫॥ অনিশুবা বাঞ্ছাগী ওইবকপা মশাক্তো হায়রবনি। হৌজিক অহুম শুবা বাঞ্ছাগী মশাক্তো হায়গে তাবো ॥১৩৬॥ মসি ওন্-থোক্না খুপ্পবা রসগী মশক্নি, অবেপ্পনি। মশক্তো—স্বরূপ গোসাঞ্রিতনা চংথোম্না থংই ॥১৩৭॥ স্বরূপ-তগী অথুপ্পা রসদো কনাগুম্বা অতোপ্পনা থংই। শ্রীচৈতন্যগী কৃপাদগী স্বরূপনা অথুপ্পা রসবু থংই ॥১৩৮॥ মতুদি— গোপীশিংগী নুংশিবদো অধিরূঢ় মহাভাব কৌই। মহাভাবসি অশেংবা অরুবা নুং-শিবনি করিগুম্বদা কাম নত্তে ॥১২৯॥

**অনুবাদঃ**—ব্রজগী গোপীশিংগী নুংশিবদো লেপনা কাম কৌই, অসুন্না ফাওখি। মরম অদুনা উদ্ধবনচিংবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংনা অমসুং নুংশিবা অদুবু পামই। ইতি ॥২৫॥

কামগা প্রেমগা অনিগী মশক্তো তোঙান্নে। য়োংকা সনাগা অনিনা মশক তোঙান্নবগুম্না ॥ ১৪০ ॥ মশাগী ইন্দ্রিগী পেন্নবা নুংশিবদো কাম কৌই। শ্রীকৃষ্ণগী

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩১।১৯ শ্লোকঃ

**যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধিমহি কর্কশেষু।**
**তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥২৬॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩২।২০ শ্লোকঃ

**এবং মদর্থোজ্ঝিতলোকবেদস্বানাং হি বো মর্য্যনুবৃত্তয়েঽবলাঃ।**
**ময়া পরোক্ষং ভজতা তিরোহিতং মাসূয়িতুং মার্হথ তৎ প্রিয়ং প্রিয়াঃ ॥২৭॥**

**অন্বয়ঃ**।—প্রিয়— হে চান্নবা, তে—নংগী, যৎ—অতুগুম্বা, সুজাত-চরণাম্বুরুহং— য়াম্না থোৎলবা চরণ থম্বালবু, কর্কশেষু—কল্লবা, স্তনেষু—স্তন্দা পুবদা, ভীতাঃ—নাথিগনি কিজতুনা, শনৈঃ—কাইদ-কাইদনা, দধীমহি—পুজরি, তেন্—শ্রীচরন্দুনা, অটবীং—বন্দা, অটসি—কোয়না চৎপদা, তৎ— নখোং থম্বান্না, কুর্পাদিভিঃ—মুংকুপ চেগাইনচিংবনা, কিংস্বিৎ— করিনো. নব্যথতে—নাবনা য়াদববা, ভবদায়ুষাং—ইবুঙেভোনা হিংজবী, নঃ—ঐখোইগী ধীঃ—য়াথন্না, ভ্রমতি—ঙক্লি। ইতি ॥২৬॥

**অন্বয়ঃ**।—শ্রীকৃষ্ণনা—হে অবলাঃ—হে অবলাশা, এবং—অসুম্না, 'মদর্থোজ্ঝিত লোকবেদ স্বনাং—ঐগী-দমক মীগী চৎনবী বেদ ধর্ম্ম পরিবার হুন্জেক্লবী. বঃ— নখোইগী, ময়ি—ঐডোন্দা, অনুবৃত্তয়েহি—লেপনা নিংবা হেন্নবগীদমক, পরোক্ষং—উহন্দনা. ভজতাং—নখোয়বু নিংবা, ময়া—ঐনা, তিরোহিতং—লোৎপনি, তৎ—মরমসিনা, প্রিয়াঃ—হে চান্নবীশা, পিয়ং—নখোইগী চান্নবা, মা—ঐবু, অসুয়িতুং—নখোইনা দোষ তৌগদবদা, মার্হথ—মতিক ওক্তে। ইতি ॥২৭॥

ইন্দ্রিনা পেনবীনবা মুংশিবদো প্রেম কৌই॥ ৪১॥ লেপনা মশা মহাক্ন পেন্নবদা কামগী অবোম্বনি। প্রেগী মপাঙ্গল্না শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবনা অরোম্বনি ॥ ১৪২ ॥ দেশকী লমচৎ বেদগী সকামকর্ম্ম হক-চাংগী ধর্ম্ম। অচেৎপা আত্মাগী দেহগী মুংঙাইবা অতপ্পা ইকাইবা ॥১৪৩॥ থাদোকপা ঙমদ্রবা চৎনবী মাগী লোইনবা মীশিং। মাগী মীশিংনা যৈবা চৈবা অসিনচিংবা ॥১৪৪॥ গোপীনা পুম্নমকসি থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণবু পেনবীনবা নিংই ॥১৪৫॥ শ্রীকৃষ্ণন পেনবী-নবা প্রেমনা সেবাবু তৌই। শ্রীকৃষ্ণবু পেনহল্লিবদা চেৎলবা প্রেম কৌই। গোপীগী প্রেমদি পাল্লবা ফিদা চুদবগুম্বনি ॥ ১৪৬ ॥ মবম অতুনা কামগা প্রেমগা য়াম্না লাপনৈ। কামনা অমম্বা প্রেম্না অঙানবা মুমিৎনি ॥ ১৩৭ ॥ মরমতুনা গোপীশিংদা কামগী মনম্ পক্তে। শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবদা গোপী-শিংনা থল্লাইনা [আত্মানা] খোগঙবনি ॥১৪৮॥

**অনুবাদ**ঃ—গোপীশিংনা—হে চান্নবা হে কৃষ্ণ! নংগী অতুগুম্বা যাম্না থোৎলবা চরণ থম্বালবু ঐ-খোয়গী কল্লবা স্তন্দা পুবদা, নাখিগনি কিজতুনা কাইদ-কাইদনা পুজবি। শ্রীচরন্দুনা বন্দা কোয়না গোপী উদনবা চৎপদা নখোং থম্বান্না মুংকুপ-চেগাই-নচিংবনা কবিনো নেৎপদা নাদবরা? ইবুঙেভোনা হিংজবী ঐখোইগী য়াথন্না ঙকলি। ইতি ॥২৬॥ গোপীগী য়াথন্না মাগী আত্মাগী মুংঙাইনবা থল্লুদে। পুক্নিংগী মচৎ পুম্ননকনা শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাইনবতনি ॥১৪৯॥ গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা অতোপ্পশিংবু থাদোকই। শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা পেনবীনবা গোপীনা শেংনা মুংশিজে ॥১৫০॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীকৃষ্ণনা— হে অবলাশা। অসুম্না কৃষ্ণগীদমক্তা মীগী চৎনবী বেদ ধর্ম্ম, পরিবার হুন্-জেক্লবী নখোইগী, ঐডোন্দা নিংবা হেনবগীদমক্তা লেপনা উহন্দনা, নখোইবু নিংবা ঐনা লোৎপনি,

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবদগীতয়াং ৪ অঃ ১১ শ্লোকঃ

**যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাং স্তথৈব ভজাম্যহম্। মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥২৮॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩২।২১ শ্লোকঃ।

**ন পারয়েঽহং নিরবদ্যসংযুজাং স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।**
**যা মাভজন্ দুর্জ্জরগেহশৃঙ্খলাঃ সংবৃশ্চ্যতদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥২৯॥**

তথাহি লঘুভাগবতে শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্

**নিজাঙ্গমপি যা গোপ্যো মমেতি সমুপাসতে। তাভ্যঃ পরং ন মে পার্থ নিগূঢ়প্রেমভাজনম্ ॥৩০॥**

**অন্বয়ঃ**।—যে—মীহুনা, মাং—ঐবু, যথা—অহুম্না, প্রপদ্যন্তে—নিংলিবা, অহং—ঐনা, তান্—মখোইবু, তথাএব—নিংলিবগুম্না, ভজামি—নিংই, পার্থ—হে অর্জ্জুন, মনুষ্যাঃ—মীশিংনা, সর্ব্বশঃ—মরম খিবিক্না নিংলিবহুনা, মম—ঐগী, এব—লেপনা, বর্ত্ম—লম্বীবু, অনুবর্ত্তন্তে—মতুং ইল্লি। ইতি ॥২৮॥

**অন্বয়**ঃ—নিরবদ্যসংযুজাং—লোনমদনা থৌগনলবী, বঃ—নখোইগী, স্বসাধুকৃত্যং—লমন খুমগদবদা, অহং—ঐনা, বিবুধায়ুষাপি—লাইগী পুনসিনসু, নপারয়ে—ঙমলরোই, যাঃ—নখোইনা, দুর্জ্জরগেহ শৃঙ্খলা—লানবা ঙম্নত্রবা য়ুমগী মরম খিবিকপু, সংবৃশ্চ্য—চংখোল্লা ককথৎতুনা, মা—ঐবু, আভজন্—নিংখরে, বঃ—নখোইগী, সাধুনা—অফবহুনা, তৎ—নখোইনা মুংশিবগী, প্রতিযাতু—লমন খুমলসনু। ইতি ॥২৯॥

**অন্বয়**ঃ।—শ্রীকৃষ্ণনা—পার্থ—হে অর্জ্জুন। যাঃ—অয়াম্বী, গোপ্যঃ—গোপীশিংনা, নিজাঙ্গং—মা, মাগী হকচাংবু, অপি—অমসুং, মম—ঐগী, ইতি—পেন্নবা অহুম্না, সমুপাসতে—কৎতুনা থৌগনখ্রে, তাভ্যঃ—গোপীশিংদগী, পরং—অতোপ্পা, মম—ঐগী, নিগূঢ় প্রেম ভাজনং—থুপ্‌লবা প্রেমগী মশক ওইবী অমা, ন—লৈতে। ইতি ॥৩০॥

মরমসিনা হে চান্নবীশা! নখোইগী চান্নবা ঐবু নখোইনা দোষ তৌগদবদা মতিক ওক্তে। ইতি ॥ ২৭ ॥

শ্রীকৃষ্ণগী মমাংঙৈদগী অচেৎপা য়াশক অমা লৈ। কৃষ্ণ ঐবু মীনা নিংবা অহুম্না ঐনা মাবু অহুম্না নিংই ॥ ১৫১ ॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীকৃষ্ণদা—মীহুনা ঐবু অহুম্না নিংলিব, ঐনা মখোইবু নিংলিবা অহুগুম্না নিংই। হে অর্জ্জুন! মীশিংনা মরম খিবিক্না নিংলিবহুনা লেপ্না ঐগী লম্বীবু মতুং ইল্লি। ইতি॥২৮॥

ব্রজগোপীবু নিংবদা শ্রীকৃষ্ণগী য়াশক্তো কায়রে।
শ্রীকৃষ্ণগী মুখনা হায়রবা, মহুদা য়াশক কায়রে খংই ॥১৫২॥

**অনুবাদ**ঃ—শ্রীকৃষ্ণনা হায়—লোনমদনা থৌগল্লবী গোপী নখোগী লমন খুমগদবদা ঐনা লাইগী পুনসিনসু ঙমলরোই। নখোইনা লানবা ঙম্নত্রবা য়ুমগী থবক মরম খিবিকপু চংখোল্লা ককথৎতুনা ঐবু নিংখরে। নখোইগী অফবহুনা নখোইনা মুংশিনা নিংবহুগী লমন শিংলসনু। ইতি ॥২৯॥

মতমহুদা গোপীশিংগী অহুম্বা হকচাংবু মশানা লুনা তৌই, মদো শ্রীকৃষ্ণগীদমকনি লেপনা খংউ ॥১৫৩॥

হকচাংসি আম্বাগা লোইননা ঐনা কৃষ্ণদা কৎখবে। ঐ অসি মাগী মরম্নি হকচাংসিদা মাগী রতিলীল'বু থোকহল্লি ॥১৫৪॥ ঐগী হকচাংবু উবগা শোকলগা। শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবা মরমগীদমক্তা গোপীনা হকচাংবু লৈজেংই, লুহল্লি ॥১৫৫॥

যথোক্তং শ্রীরূপগোস্বামিনা স্তবমালায়াং কেশবাষ্টকে ৮ম শ্লোকে:

**উপেত্য পথি সুন্দরীতভিরাভিরভ্যর্চ্চিতং স্মিতাঙ্কুরকরম্বিতৈর্নটদপাঙ্গভঙ্গীশতৈঃ।**

**স্তনস্তবকসঞ্চরন্নয়নচঞ্চরীকাঞ্চলং ব্রজে বিজয়িনং ভজে বিপিনদেশতঃ কেশবম্ ॥৩১॥**

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পশ্চিম বিভাগে ২য় লহর্য্যাং ২৪ শ্লোকে —

**অঙ্গস্তম্ভারম্ভমুত্তুঙ্গয়ন্তং প্রেমানন্দং দারুকো নাভ্যনন্দৎ।**

**কংসারাতের্বীজনে যেন সাক্ষাদক্ষোদীয়ানন্তরায়ো ব্যধায়ি ॥৩২॥**

---

**অন্বয়ঃ।**—আভিঃ—অসিগুম্বী, সুন্দরীততিভিঃ—নিংথিরবী থিবিরা, উপেত্য—আতালিকাদা কাহনা স্মিতাঙ্কুর করম্বিতৈঃ—মামোন নোকপা তু চুংলবা, নটদপাঙ্গভঙ্গীশতৈঃ—জগোই শাবা মিৎচি চামনা, পথি—লম্বীদা, অভ্যর্চ্চিতং - পূজা তৌবা, স্তন স্তবক সঞ্চরন্নয়ন চঞ্চরীকাঞ্চলং—গোপীগী, পয়োধর লৈ চরোংদা মিৎনা খোইমু ওইদুনা তাববা মিৎ অনিনা ফজবা, বিপিনদেশতঃ—বন্দা যণ শেল্লুবদগী, ব্রজে—নন্দীশ্বরদা, বিজয়িনং—মণগাবকলবা, কেশবং—শ্রীকৃষ্ণবু, ভজে—ঐনা নিংজবি। ইতি ॥ ৩১ ॥

**অন্বয়ঃ।**—দারুকঃ—শ্রীকৃষ্ণগী সারথী দারুকা, অঙ্গস্তম্ভারম্ভং—হকচাংদা প্রেমা যুম্বীগুম্ববু, উত্তুঙ্গয়ন্তং - চাওখৎহল্লবা, প্রেমানন্দং—নু শিবগী নুংঙাইববু, ন অভ্যনন্দৎ— চৈথি, হরাওথিদ্রে, যেন—প্রেমতনা, কংসরাতেঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, বীজনে—চাবব থোগন্দা, সাক্ষাৎ—সংসংনা, অক্ষোদীয়াৎ—থোইদোকপা, অন্তরায়ঃ - অকাইবা অপনবা ওইনা, ব্যধায়ি— খন্দুনা ব্বাবা ওইথি। ইতি ॥৩২॥

---

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা—হে অর্জ্জুন। অয়াম্বা গোপীশিংনা মা মাগী হকচাংবু অমসুং ঐগী পেন্নবা অসুম্না বৃষ্ণ ঐঙোন্দা কৎতুনা থোগনম্রে। গোপীশিংদগী অতোপ্পা ঐগী প্রেমগী মশক থুপলবী ওইবী অমা লৈতে। ইতি ॥৩০॥

অমদি গোপীশিংগী পুকচেলগী প্রেমগী মশক্তো বৃদ্ধিনা থবা ভমলরোই ॥১৫৬॥ মতম অহুদা গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু উজবদা। মশাগী নুংঙাইবা পামদে অহুবু কোটি গুণ হেন্না নুংঙাই ॥১৫৭॥ গোপীশিংবু উবদা কৃষ্ণনা নুংঙাইব দা। মহুদগী গুণ কোটি হেন্না গোপীনা কৃষ্ণসুখদা নুংঙাই ॥১৫৮॥ গোপীশিংগী মশাগী নুংঙাইবা পামদে। অহুমকপু চাওখৎনা নুংঙাইরি মসি অপনবনি ॥১৫৯॥ অপনবসি কোকবা শরম অমা গোপীদা উরি। মহুদি শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবদো গোপীগী নুংঙাইবনি ॥১৬০॥ গোপীবু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবা হেনগৎংলি। মাধুর্য্যবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবা হেনগৎংলি ॥১৬১॥ গোপীশিংনা মহুদা ঐবু উবদা শ্রীকৃষ্ণনা অসুক নুংঙাইবি। খন্দুনা কৃষ্ণগী নুংঙাইবদা হবাওবনা মাইথোংদা হকচাংদা ফজবে ॥ ১৬২ ॥ গোপীগী ফজবা উবদা শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা যাম্না হেনগৎলে। শ্রীকৃষ্ণগী ফজবা উবদা গোপীগী অহুকী মথৎ ফজখৎলে ॥১৬৩॥ মতৌ অসুম্না মহৈ মহৈ হেনগৎনবা ওইরে। গোপী অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা মহৈ মহৈ কনানা মাই লৈনদে ॥১৬৪॥ তৌইগুম্বসুং গোপীগী মশক পুকচেলদা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইরি। শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইবদা গোপীগী নুংঙাইবা চাওখৎলি ॥১৬৫॥ মরমদুনা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইববু গোপীগী নুংঙাইবনা য়োকই। মরমসিদগী গোপীগী প্রেমদা কামগী দোষ লৈতে, মশাগীদমক নিংদে ॥১৬৬॥

**অনুবাদ ঃ**— অসিগুম্বী কজরবী গোপীগী মপৈনা আতালিকাদা কাহনা লৈরগা মোমোন নোকপা অমসুং তু চুংলবা জগোই শাবা মিৎচি চামনা লম্বেলদা পূজা তৌবা। গোপীগী পয়োধর

ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণ বিভাগে ৩য় লহর্য্যাং ৩২ শ্লোক :—

**গোবিন্দপ্রেক্ষণাক্ষেপি বাষ্প পূরাভিবর্ষিণম্। উচ্চৈরনিন্দদানন্দমরবিন্দবিলোচনা ॥৩৩॥**

তথা হি—লঘুভাগবতামৃতে, পূর্ব্ব খণ্ডে ১।২১

**অনেকত্র প্রকটতা রূপস্যৈকস্য যৈকদা। সর্ব্বথা তৎস্বরূপৈব স প্রকাশ ইতীর্য্যতে ॥৩৪॥**

তত্রৈব তদেকাত্মরূপ কথনে ১।১৫

**স্বরূপ মন্যাকারং যত্তস্য ভাতি বিলাসতঃ। প্রায়েণাত্মসমং শক্ত্যা সবিলাসো নিগদ্যতে ॥৩৫॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—অরবিন্দলোচনা—মিং থম্বাল মানবী শ্রীরাধানা, গোবিন্দ প্রেক্ষণা, ক্ষেপি – শ্রীগোবিন্দ য়েংলিভৈদা মিত্রা অকাইবা ওইবা, বাষ্প পুরভি বরিষণং—প্রেমগী পিস্থরকপা পিবু, আনন্দং—নুংঙাইববু, উচ্চৈঃ—থোইদোকনা, অনিন্দৎ—চৈখি। ইতি ॥৩৩॥

**অন্বয়ঃ**।—মদগুণ শ্রুতিমাত্রেণ কৃষ্ণ ঐগী গুণ তাবতনা, সর্ব্বগুণশয়ে—পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা, ময়ি পুরুষোত্তমে—অথোইবা মপু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা, অম্বুধৌ—সমুদ্রদা, গঙ্গাম্ভসঃ—গঙ্গাগী ইচেন্না, যথা—তোবগুম্না, অবিচ্ছিন্না—অতংপা লৈতনা, মনোগতিঃ—পুক্নিংনা নিংবা, সা—মানা, হি—লেপ্পা, নির্গুণস্য ভক্তি যোগস্য—মায়া পকত্রবা প্রেম ভক্তিগী, লক্ষণং—মশক্নিং, উদাহৃতং—হায়রিবা, যা ভক্তি—অহুগুম্বা ভক্তিদো, অহৈতুকী—মহৈনিদবা, অব্যবহিতা—অমনা মরক থল্লবনি। ইতি ॥৩৪।৩৫॥

---

লৈ চবাংদা মিংনা থোইমু ওইহুনা তাববা ফজববা বন্দগী মাগাবকলবা নন্দীশ্বরদা ফজববা শ্রীকৃষ্ণবু ঐনা নিংজবি। ইতি ॥৩১॥

অমদি গোপীশিংগী প্রেমগী মশককী খুদম অমা লৈ। খুদম অহুনা কামগী (মশা নুংঙাইবগী) মনম্ মবিক অমা পাক্কো॥১৬৭॥ গোপীগী প্রেমতনা শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যবু চাওখৎনা য়োকই। শ্রীকৃষ্ণগী মাধুর্য্যনা চাওখৎলিবা মথৈ গোপীগী প্রেমনা য়ামনা পেল্লি ॥১৬৮॥ প্রেম চাবনা নুংঙাইবদা পীজবনা হেননা নুংঙাই। পীজবদা মশাগী নুংঙাইবগী মরিদা থন্দে ॥১৬৯॥ চাবগী নুংঙাইবদো থন্দনা নুংঙাইবদা ওই-বসি নিস্কাম্ প্রেমগী মচৎনি। মহুদি চাবনা নুংঙাই-বদা পীজবগী নুংঙাইরি ॥১৭০॥ মাগী প্রেমনা নুং-ঙাইববু শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পল্লি। হায়রুনা ভক্তশিংনা নুংঙাইববু য়াম্না শাওই ॥১৭১॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণগী সারথী দারুকনা প্রেমনা মুখ্যীগুণবু চাওখৎলবা প্রেমগী নুংঙাইববু হরাওখিদে নিন্দা তৌথি। প্রেমতনা শ্রীকৃষ্ণগী চামব থোগন্দা সংসংনা থাইদোকপা নুংঙাইববু অকাইবা ওইনা খন্দুনা অরাবা ওইখি। ইতি ॥৩২॥

**অনুবাদ**:—মিংনা থম্বাল মানবী শ্রীরাধানা, শ্রীগোবিন্দ য়েংলিভৈদা মিত্রা অকাইবা ওইবা প্রেমগী পি শিস্থরকপা পিবু, নুংঙাইববু থোইদোক্না শাওহুনা চৈখি। ইতি ॥৩৩॥

অমদি অশেংবা ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবা নত্তনা, মশাগী নুংঙাইবা মুক্তি মখল মঙাবু লৌদে ॥১৭২॥

**অনুবাদ**:—শ্রীকৃষ্ণ ঐগী গুণ তাবতনা পুম্ন-মক্কা থম্মোইদা লৈবা, অথোইবা মপু কৃষ্ণ ঐঙোন্দা। সমুদ্রদা গঙ্গাগী ইচেন্না তোবগুম্না অতং-পা লৈতনা পুক্নিংননিংবা, মানা লেপ্পা মায়া পকত্রবা প্রেম ভক্তিগী মশকনি। হায়রিবা অহুগুম্বা ভক্তিদো মহৈ নিদবা অমনা মরক থল্লবনি। ইতি ॥৩৪।৩৫॥

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ৩।২৯।১১ শ্লোকঃ

**সালোক্যসার্ষ্টি সারূপ্যসামীপ্যৈকত্বমপ্যুত। দীয়মানং ন গৃহ্ণন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ ॥৩৬॥**

তত্রৈব শ্রীমদ্ভাগবতে ৯।৪।৪৯ শ্লোকঃ।

**মৎসেবয়া প্রতীতং তে সালোক্যাদি চতুষ্টয়ম্। নেচ্ছন্তি সেবায়া পূর্ণাঃ কুতোহন্যৎ কালবিপ্লুতম্ ॥৩৭॥**

তথাহি—গোপীপ্রেমামৃতে।

**সহায়াঃ গুরবঃ শিষ্যা ভুজিষ্যা বান্ধবাঃ স্ত্রিয়ঃ। সত্যং বদামি তে পার্থ গোপ্যঃ কিং মে ভবন্তি ন ॥৩৮॥**

**মন্মাহাত্ম্যং মৎসপর্যাং মৎশ্রদ্ধাং মন্মনোগতম্। জানন্তি গোপীকাঃ পার্থ নান্যে জানন্তি তত্ত্বতঃ ॥৩৯॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—জনাঃ—ইনাইশিংনা, মৎ সেবনং—ঐগী পেন্নবা, বিনা—নত্তনা, দীয়মানং—পিববদা, উত ওস্থোকপনি, সালোক্য—লৈফম তিন্নবা, সার্ষ্টি—ওস্বা মান্নবা, সারূপ্য—ইশক মান্নবা, সামীপ্য—ইনাক নকপা লৈবা, একত্বমপি—অমস্তুং ঐন্দোন্দা তিনবা, অসি খিবিকপু, নগৃহ্ণন্তি—লৌদে। ইতি ॥৩৬॥

**অন্বয়ঃ**।—সেবয়া—ঐগী পেননবতনা, পূর্ণাঃ—থল্লবা, তে—ইনাইশিংনা, মৎসবয়া—ঐগী সেবানা, প্রতীতম—ফংবা, সালোক্যাদি চতুষ্টয়ম্—লৈফম তিন্নবনচিংবা মুক্তি মথল মরিবু, ন ইচ্ছন্তি—পামদে, অন্যৎ—অতোপ্পা, কালবিপ্লুতম—কালনা মাংখিগদববু. কুতঃ—কদাইদগী লৌরোই। ইতি ॥৩৭॥

**অন্বয়ঃ**।—পার্থ—হে অর্জ্জুন। তে—নংঙোন্দা, সত্যংবদামি—অরেপ্পবু হায়রি, গোপ্যঃ—গোপীশিংনা, মে—ঐগী, সহায়াঃ—তেংবাংবীনি, গুরবঃ—গুরুনি, শিষ্যাঃ—হায়বা ইল্লিবা শিষ্যনি, ভজিষ্যাঃ—ইনাই মুপীনি, বান্ধবাঃ—মরুপনি, স্ত্রিয়ঃ—ঐগী চান্নথোইবীনি, মে—ঐগী, কিং—করিনো, নভবন্তি—ওইরোইদবা পুম্নমক ওই। ইতি ॥৩৮॥

**অন্বয়ঃ**।—পার্থ—হে পার্থ, তে—নঙেঙোন্দা, সত্যংবদামি—অবেপ্পবু হায়রি, গোপীকাঃ—গোপীশিংনা, মন্মহাত্ম্য—ঐগী ইতিকনি, মৎসপর্য্যাং—ঐগী সেবা-অপেনবা, মৎশ্রদ্ধাং—ঐগী অপাম্বা, মন্মনোগতং—ঐগী পুবাসে খংবা, তত্ত্বতঃ—ঐগী অবেপ্পা মশক্, জানন্তি—পুম্নমকসি লোইন খংই, অন্যেঃ—গোপী নত্তনা, অতোপ্পনা, নজানন্তি—খংদে। ইতি ॥৩৯॥

---

**অনুবাদঃ**।—শ্রীকপিলনা ইনাইশিংনা ঐগী পেনবা নত্তনা পিরবদা ওস্থোকপনি, বৈকুণ্ঠদা লৈফম তিন্নবা, তৌবা ওস্বা মান্নবা ইশক মানবা, ইনাক নকপা, ঐঙোন্দা তিনবা পুম্নমকসি অমত্তা লৌদে। ইতি ॥৩৬॥

**অনুবাদঃ**—ঐগী পেননবতনা থল্লবা ইনাইশিংনা ঐগী সেবানা ফংবা, লৈফম তিন্নবনচিংবা মুক্তি মথল মরিবু পামদে লৌদে। অতোপ্পা কালনা মাংখিগদববু কদাইদগী লৌরোই। ইতি ॥৩৭॥

গোপীগী প্রেমদি কামগী গন্ধ পক্কবা মশকনি। শেংনা মুনা ভাল্লবা মৈদা শৌবা স্নাগুম্বনি ॥১৭৩॥

গোপীনা চান্নবী, গুরু, মরুপ, ওইদুনা তেংবাংই। চানবী মুপী, সখা শিষ্য,দাসী গোপীনা ওইবি ॥১৭৪॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীকৃষ্ণনা হে অর্জ্জুন। নংঙোন্দা অরেপ্পবু হায়রি, গোপীশিংনা ঐগী তেংবাংবীনি, গুরুনি শিষ্যনি ইনাই মুপীনি। মরুপনি ঐগী চান্নথোইবী মুপীনি, ঐগী করিনো ওইরোইদবা পুম্নমক ওইগনি। ইতি ॥৩৮॥

গোপীতনা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিংগী অপাম্বা মশক খংই। শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা প্রেম ভক্তিনা মথং শিংনা পেনহল্লি ॥১৭৫॥

তথাহি—পদ্মপুরাণে ঃ—

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণো স্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা। সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥ ৪০॥

তত্রৈব ৪৩ শ্লোক ধৃতাদিপুরাণবাক্যম্।

ত্রৈলোক্যে পৃথিবী ধন্যা যত্র বৃন্দাবনং পুরী। তত্রাপি গোপিকাঃ পার্থ যত্র রাধাভিধা মম ॥৪১॥

শ্রীগীতগোবিন্দে ৩য় সর্গে ১ম শ্লোকে শ্রীজয়দেববাক্যম ঃ—

কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধশৃঙ্খলাম্। রাধামাধায় হৃদয়ে তত্যাজ ব্রজসুন্দরীঃ ॥৪২॥

---

**অন্বয়ঃ**।—রাধা—শ্রীরাধানা, যথা—অতুম্না, বিষ্ণোঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রিয়া—চানবীনি, তস্যাঃ—রাধাগী, কুণ্ডং—শ্রীকুণ্ডবু, তথা—চানবগুম্না, প্রিয়ং—চানবী, সর্ব্বগোপীষু—গোপীশিংদগী, এক—অমত্তা ডাইবী, সাএব—শ্রীরাধাতনা, বিষ্ণোঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, অত্যন্তবল্লভা—থোইদোকপী চান্নবীনি। ইতি ॥৪০॥

**অন্বয়ঃ**।—হে পার্থঃ—হে ইতাও। ত্রৈলোক্যে—মরোল অহুমদা, পৃথিবীধন্যা—পৃথিবীনা অতাংবনি, যত্র—পৃথিবীদা, বৃন্দাবনং—শ্রীবৃন্দাবন্না, পুরী—অতাংবা পুরীনি, তত্রাপি—শ্রীবৃন্দাবনদসু, গোপীকাঃ—গোপীশিংনা অতাংবনি, যত্র—গোপীশিংদগী, মম—ঐগী, রাধাভিধা—শ্রীরাধা কৌবীনা অতাংবনি। ইতি ॥৪১॥

**অন্বয়ঃ**।—কংসারিঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, অপি—অমসুং, সংসার-বাসনা বদ্ধ শৃঙখলাম্—চংথোন্না পান্নবা পুন্নবী ওইবী, রাধাং—শ্রীরাধাবু, হৃদয়ে—থম্মোইদা, আধায়—থন্দুনা, ব্রজ সুন্দরীঃ—ফজরবী গোপীশিংবু, তত্যাজ—থাদোকখি। ইতি ॥৪২॥

---

**অনুবাদ ঃ**।—শ্রীকৃষ্ণনা ঃ—হে ইতাও অর্জুন। নঙোন্দা অবেপ্পবু হায়রি ব্রজগী গোপীশিংনা ঐগী ইতিকনি ঐগী অপেনবা, ঐগী অপাম্বা, ঐগী পুকচেল থংবা, ঐগী অবেপ্প ইশক থংবা, পুন্নমকসি লোইনা থংই। গোপী নত্তুনা অতোপ্পনা থংদে। ইতি ॥৩৭॥

গোপীশিংগী মরক্তগী শ্রীরাধানা অথোইবনি। মুংশিবদা, ফজবদা, গুণদা, য়াইফবদা পুমথোই থোইবনি ॥১৭৬॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীরাধানা অতুম্না শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবীনি। রাধাগী শ্রীকুণ্ডবুসু শ্রীরাধাদা চালবগুম্না চানবী। চান্নবী গোপীশিংদগী শ্রীরাধা মতোমতনা শ্রীকৃষ্ণগী পুন্নমক্তগী থোইদোকনা চান্নথোইবীনি। ইতি ॥৪০॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা ইতাও। মরোন অহুমদা পৃথিবীনা তাংই, পৃথিবীদা শ্রীবৃন্দাবন্না তাংই, শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংনা তাংই গোপীশিংদগী ঐগী শ্রীরাধিকানা অত্তাংবীনি। ইতি ॥৪১॥

শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগা লোহনবনা মরম ওইদুনা অথোইবা রসবু চুপ্পী। অতোপ্পা গোপীশিংনা রস চুপ্পবগী তেংবাংবনি ॥১৭৭॥ শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী শ্রীরাধানি কৃষ্ণগী থরাইনি, লন্নি। শ্রীরাধা নত্তুনা গোপীশিংনা মুংঙাইহলবা ওমদে ॥১৭৮॥

**অনুবাদঃ**। শ্রীকৃষ্ণনা অমসুং চংথোন্না পান্নবা পুন্নবী ওইবী রাধাবু থম্মাইদা থন্দুনা শ্রীকৃষ্ণনা ফজববী গোপীশিংবু বসন্তবাসদা থাদোকখি। ইতি ॥৪২॥

শ্রীকৃষ্ণনা অতুগুম্বী শ্রীরাধাগী পুকচেল লৌতুনা শ্রীচৈতন্য কৌনা পোকলরে। যুগ ধর্ম্ম নাম প্রেম, ভক্তিবু য়েনথোকলি ॥১৭৯॥ শ্রীরাধাগী ভাবনা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা থুংলি। পোকলবগী মকওইবা মরমদি বাঙ্গা অহুম্থু থুংবনি ॥১৮০॥ শ্রীনন্দনন্দনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌতুনা পোকলবে। সংসংবা শৃঙ্গার রসগী মখক পানবা শ্রীকৃষ্ণনি ॥১৮১॥ শৃঙ্গার রস

তথাহি—শ্রীগীতগোবিন্দে ১ম সর্গে ১১ শ্লোকঃ শ্রীজয়দেববাক্যম —

**বিশ্বেষামনুরঞ্জনেন জনয়ন্নানন্দমিন্দীবরশ্রেণী শ্যামলকোমলৈরুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্।**
**স্বচ্ছন্দং ব্রজসুন্দরীভিরভিতঃ প্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ শৃঙ্গারঃ সখিমূর্ত্তিমানিব মধৌ মুগ্ধো হরিঃ ক্রীড়তি ॥৪৩॥**

তথাহি—শ্রীস্বরূপগোস্বামিনঃ শ্লোকঃ।

**শ্রীরাধায়াঃ প্রণয়মহিমা কীদৃশো বানয়ৈবা স্বাদ্যো যেনাদ্ভুতমধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।**
**সৌখ্যঞ্চাস্যা মদনুভবতঃ কীদৃশং বেতি লোভাত্তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচিগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ ॥৪৪॥**

**অন্বয়ঃ।**—সখি—হে সখি। **অনুরঞ্জনেন**—পেনহনবতনা, বিশ্বেষাং—গোপীশিংগী, আনন্দং—নুংঙাইববু, জনয়ন—পোকহন্দুনা, ইন্দীবর শ্রেণীশ্যামল কোমলৈঃ—থরো অশংবগী পরেংবু ঙমজনা শংবান্ননা থোৎলবা, অঙ্গৈঃ—মাগী অঙ্গ খিবিক্না, অনঙ্গোৎসবং—কামগী হরাওববু, উপনয়ন্—পোকহন্দুনা, স্বচ্ছন্দং—মনিংতম্না, ব্রজসুন্দরীভিঃ—ফজবী গোপীশিংনা, অভিতঃ—মাইকৈ পুম্নমক্না, প্রত্যঙ্গং—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং খুদিংদা, আলিঙ্গিতঃ—কোল্লবা, মুগ্ধঃ—নিংথিববা, হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, মধৌ—বসন্তদা, মূর্ত্তিমান শৃঙ্গার ইব—শৃঙ্গারনা মশক পান্দুনা, ক্রীড়তি—শান্নরি। ইতি ॥৪৩॥

চাগে হায়বগীদমক্না শ্রীকৃষ্ণনা পোকপনি। প্রেম ভক্তি রস য়েন্বদি মতুংইন্না তৌবনি ॥১৮২॥

**অনুবাদঃ**—হে সখি। শ্রীকৃষ্ণনা পেনহনবতনা গোপীশিংগী নুংঙাইববু পোকহন্দুনা, থরো অশংবগী পরেংবু ঙমজনা শংবান্ননা থোৎলবা শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ-খিবিক্না, কামগী হরাওববু পোকহন্দুনা, মনিং তম্না ফজবী গোপীশিংনা মাইকৈ পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং খুদিংদা কোল্লবা নিংথিববা শ্রীকৃষ্ণনা, বসন্তদা শৃঙ্গারনা মশক পান্দুনা শান্নরি। ইতি ॥৪৩॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গোসাঞিদি বসগী যুমফমনি। থাক-চবা লৈতনা বসবু চুপ্পুনা চারিবনি ॥১৮৩॥ রস চাবনা মরম ওইদুনা কলি যুগতা ধর্ম্মবু যেম্নোকই। অয়াম্বা শ্রীচৈতন্যগী অথুপ্পবু মনাইনা থংই ॥১৮৪॥ শ্রীঅদ্বৈত, হরিদাস, শ্রীনিত্যানন্দ শ্রীবাস কৌবা। শ্রীগদাধর, দামোদর, মুরারি অসিনচিংবা ॥১৮৫॥ অতোপ্পা অয়াম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী ভক্তশিং। পুম্নমক্কী চরন্দা কোক থোংনা খুরুমজরি ॥১৮৬॥ অদুগা তরুক শুবা শ্লোক্কী মরু থংনরবা হায়জরবনি। হৌজিক শ্লোক্কী মরু ওইবা অর্থদো হায়গে তাবিরো ॥১৮৭॥

**শ্লোক ৪৪ আঃ—পঃ (১) শ্লোক ৬শুবদা যেংউ ॥**

**অনুবাদঃ**— শ্রীরাধাগী কৃষ্ণ ঐবু নুংশিবগী মতিক্তো করম তৌবিগবা। অমা। শ্রীরাধানা নুং-শিবতনা ঐগী অঙকপা মীপুক হুবা রসবু চাবিবদো করম তৌবিগবা। অমা। নুংশিবতনা খুদুম চন্দুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংবদগী শ্রীরাধাগী নুংঙাইবা অপেনবদো করম তৌবিগবা। অমা। অহুম অসিবু ফংনিংবদগী, শ্রীরাধাগী পুকচেল কুচু মশক লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা থা ওইদুনা শচীগী গর্ভ সমুদ্রদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌদুনা পোকখি। ইতি ॥৪৪॥

অয়াম্বা অথুপ্পা থংবা লেংদবা রাহৈশিংবু হায়দোক-নিংদে। হায়রবদি কনা অমতনা অথুপ্পা ঙমখৈ ফংল-বোই॥১৮৮॥ মরম অদুনা অথুপ্পবু থজিক্তা ওইনা হায়-জগে। বস (অপেনবা) থংবা ভক্তশিংনা থংগনি অপং-বনা থংলোই ॥১৮৯॥ শ্রীচৈতন্যানিত্যাইবু থম্মোইদা পুজবনা। অথুপ্পা তাকপা লেংদবা রাহৈশিংসিদা নুংঙাইগনি ॥১৯০॥ অয়াম্বা অথুপ্পা রাহৈশিংনা হৈনৌ ময়োম্নি। অয়াম্বা ভক্ত কোকিলশিংনা লৈরখিবিক্না পাম্না চারি ॥১৯১॥ অভক্ত উটনদি অপেনবা তাকপা

তথাহি—ললিতমাধবে ৯ম অঙ্কে ৫ম শ্লোক ঃ—এতয়োরক্তোক্তেন্দ্রিয়াহ্লাদঃ
শ্রীরূপগোস্বামিনা নিশ্চিতোঽস্তি যথা ঃ—

**নির্ধূতামৃতমাধুরীপরিমলঃ কল্যাণি বিম্বাধরো বক্ত্রং পঙ্কজসৌরভং কুহুরুতশ্লাঘাভিদস্তে গিরঃ। অঙ্গশ্চন্দনশীতলস্তনুরিয়ং সৌন্দর্য্যসর্ব্বস্বভাক্ ত্বামাস্বাদ্য মমেদমিন্দ্রিয়কুলং রাধে মুহুর্মোদতে॥ ৪৫॥**

**রূপে কংসহরস্য লুব্ধনয়নাং স্পর্শেঽতিহৃষ্যত্ত্বচং বাণ্যামুৎকলিতশ্রুতিং পরিমলে সংহৃষ্টনাসাপুটাং। আরজ্যদ্রসনাং কিলাধরপুটে ন্যঞ্চন্মুখাম্ভোরুহাং দম্ভোদগীর্ণমহাধৃতিং বহিরপি প্রোদ্যদ্বিকারাকুলাম্॥৪৬॥**

**অন্বয়ঃ**। - শ্রীকৃষ্ণনাঃ — কল্যাণি - য়াইফবী হে রাধে। তে - নংগী, বিম্বাধরঃ—ডাংলব। চিনবান্না, নির্ধূতামৃতমাধুরী পরিমলঃ — অমৃতগী মহাও মনমবু মাংহল্লবা, বক্ত্রং—নংগী মাইথোংনা, পঙ্কজসৌরভং— থম্বানবু ডমজবা মননা তিনবা ওইবা, গিবঃ—য়াথংনা, কুহুরুতশ্লাঘাভিদঃ—কোকিলগী কুহু স্বরবু ডমজবা, অঙ্গ —হকচাংনা, চন্দনশীতলং—চন্দনদগী হেন্না ইংবা ইয়ং—অসিগুম্বা, তনুঃ—হকচাংগী, সৌন্দর্য্যসর্ব্বস্বভাক্ —ফজবা চংথোনবগী লোমনফম ওইবী, রাধে—হে বাধে। ত্বাং - নংগী হায়রীবশিংবু, আস্বাদ্য – চাবদগী, মম—ঐগী, ইদং - অসিগুম্বা, ইন্দ্রিয়কুলং—ইন্দ্রিগী মপৈনা, মুহুঃ—হন্না, মোদতে—নুংঙাইরি। ইতি ॥৪৫॥

**অন্বযঃ**।—কংসহরস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, রূপে—ফজবা শক্তা, লুব্ধ নয়নাম্—পামজনা যেংলিবী, স্পর্শে— শ্রীকৃষ্ণবু শোকপদা, অতিহৃষ্যত্ত্বচং—য়াম্না হরাওনা তুজুংলবী, বাণ্যাং—শ্রীকৃষ্ণগী ৱাডাং তাবদা, উৎকলিত শ্রুতিম্ - নাকোংনা খোবাংনা তাবিবী, পারমলে—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগী মনম নুংশিববু, সংহৃষ্টনাসাপুটাং— হরাওনা নাতোন্না নমলিবী, অধরপুটে—শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতব্, আরজ্যদ্রসনাম্—পামজনা চাবিবী, ন্যঞ্চ-ন্মুখাম্ভোরুহাম্—শ্রীকৃষ্ণবু য়েংজবদা ইকাইথিবনা লুকৃথজবী, দম্ভোদগীর্ণ মহাধৃতিং—অসুক ওইখ্রবদা তপথবী ওইবী, অপি—অমসুং, বহিঃ—মপান্দদী, প্রোদ্যদ্বিকারাকুলাম্—ফাওরবা সাত্ত্বিকবিকারনা য়ারবী, রাধাং—শ্রীরাধাবু, স্মরামি—ঐনা নিংশিংজবি। ইতি ॥৪৬॥

অবেপ্পা রাইহেশিংদা চংলোক্ত মতমসিদা ঐগী পুক্নিংনা যাম্না নুংঙাইজবে ॥১৯২॥ মতুদি হায়ববস্ থংলাই-দবনা হায়দোকপগী কিবদো কোকলে। মবোল অহুম্মক্তা মসিদগী হেন্না নুংঙাইবা করিস্সু লৈতে ॥১৯৩॥ মরম অসিনা মনাইশিংবু ঐনা খুকমজরি। নুংঙাইবনা ডকতুনা অথুপ্পবু চিংনদনা হায়জরি॥১৯৪॥ মতুদি শ্রীকৃষ্ণনা থম্মোইদা থুপনা মতোমতনা খনখনি। ঐবু নুংঙাইবনা অপেম্বনা থল্লবা মশরি হায়রি ॥১৯৫॥ কৃষ্ণ ঐডোন্দগী মবোল অহুম্না নুংঙাইবিবনি। ঐবু নুংঙাইবা পীরিবসি কনাননো ॥১৯৬॥ কৃষ্ণ ঐডোন্দগী মানা গুণ চামা চামা হেল্লবা। মীহুতনা ঐগী পুক্নিং নুংঙাইহল্লবা ডম্মী ॥১৯৭॥ ঐডোন্দগী মগুণ হেনবদি ওইথোক্কবনি জগত্তা। খনবদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধা-

তনি হায়না থংলে ॥১৯৮॥ কাম কোটি ডমজবা ঐগী ইশক ওইতুনমকপু। ঐগী মাধুর্য্যনা মান্নবা অহেনবা অরোম্বা লৈতবা ॥ ১৯৯॥ ঐগী ইশক ফজবনা মবোল অহুম্বু পেলহল্লি। অতুগা শ্রীরাধাবু উবগা ঐগী মিৎনা পেল্লি ॥২০০॥ ঐগী বংশী খোঞ্জেল্না মরোল অহুম্মক্কী পুক্নিং হুই। শ্রীরাধাগী অথুম্বা রাহেনা ঐগী নাকোং হুবী ॥২০১॥ ঐগী নুংশিবা মনম্না দগৎকী মনম্ নুংশিবা ওইতুনমকপু। শ্রীরাধাগী হকচাংগী মনম নুংশিবনা ঐগী থরাই পুক্নিং হুরি ॥২০২ ঐগী রসদা জগৎনা অপেনবা ওইনামকপু। শ্রীরা-ধাগী অধর বসনা ঐবু খুতুম চল্লি ॥২০৩॥ জগৎনা কৃষ্ণ ঐগী, থা, কোটিবু হেন্না শোকপদা ইংতুনামকপু। শ্রীরাধাগী অঙ্গ শোকপনা ঐগী ইংবা ওইরী

তথাহি স্তবমালায়াং ২য় স্তবে ৩ শ্লোকঃ :—

**অপারং কস্যাপি প্রণয়িজনবৃন্দস্য কুতকী রসস্তোমং হৃত্বা মধুরমুপভোক্তুং কমপি যঃ।**
**রুচং স্বামাবব্রে দ্যুতিমিহ তদীয়াং প্রকটয়ন্ স দেবশ্চৈতন্যাকৃতিরতিতরাং নঃ কৃপয়তু ॥ ৪৭ ॥**
**মঙ্গলাচরণং কৃষ্ণচৈতন্যতত্ত্বলক্ষণম্। প্রয়োজনঞ্চাবতারে শ্লোকষট্কৈ র্নিরূপিতম্ ॥ ৪৮ ॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—মঙ্গলাচরণং—লাইবিক্কী অহোবা ফনবা তৌবদা, শ্রীচৈতন্যতত্ত্বলক্ষণং—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অরেপ্পা তাকপা, অবতারে—পোকলবগী, প্রয়োজনঞ্চ—মকওইবা মবমবু, শ্লোকষটকে—শ্লোক তরুক্তা, নিরূপিতম্—লেপ্পা হায়খরে। ইতি ॥৪৮॥

---

॥২০৪॥ অসুম্না জগৎনা ঐডোন্দগী মুংডাইবী। শ্রীরাধাগী মশক মগুম্না কৃষ্ণ ঐনা হিংলি ॥ ২০৫ ॥ মতৌ অসি ঐনা লেপনা মতমসিদা থংলে। অহুনদি থন্দুনা য়েংবদা পুম্নমকসি ওন্নখবে ॥ ২০৬ ॥ শ্রীরাধাবু উবদা কৃষ্ণ ঐগী মিৎনা পেল্লি। ঐবু উবদা শ্রীরাধানা মুংডাইবনা রাম্ববী ॥২০৭॥ মহৈ মহৈ বেণু খোঞ্জেন তাবদগী রাধানা রাম্ববী। উক-তুনা রাধানা ঐনি হায়না তমান্দা কোল্লি ॥ ২০৮ ॥ শ্রীকৃষ্ণবু কোল্লে, ঐনা পোকপগী মহৈ য়াল্লে। হায়না মুংডাইবসিদা লুপ্তুনা তমান্দা কোন্দুনা লৈবে ॥২০৯॥ মুংশিংনা হুমথিবা ঐগী হকচাংগী মনম ফংবদা। মুংশিবা মনম অহুনা, পাইতুনা মফম অতুদা তারুগে থল্লি ॥২১০॥ ঐনা ইনবিবা অশাইবা পানা চাবা মতমদা বাধানা। মুংডাইবগী সমুদ্রদা কবি-মতা থংদনা লুপলি ॥২১১॥ ঐগী অমত্তা ওই-বগী শ্রীরাধানা ফংবা মুংডাইবদো। ঐনা ইচিন চামনা হাযবদা অরোম্বা ফংদে ॥২১২॥ লীলাগী লোম্বদা শ্রীরাধাগী মুংডাইবা অপেনবা ফজবা, শক্পু উবদা কৃষ্ণ ঐনা মুংডাইবনা ইতোমতাবু কাওরে ॥২১৩॥ শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী বসনা মান্নবা পেল্লি। ভরতমুনিনা হায়বা। মহাকনা ব্রজগী রস অপেনবা মশক থংদবননি ॥২১৪॥ ঐখোই অনিগী লীলাগী রসবু চুপ্পদা ঐনা ফংবা মুংডাইবা। অতুদগী শ্রীরাধাগী মুংডাইবনা শরুক চামা হেল্লি ॥২১৫॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা—মঙ্গল ওইবিবি হে রাধে! নংগী ডাংলবা চিবাম্না অমৃতগী মহাও মনমবু মাং-হল্লবা। নংগী মাইথোংনা থম্বানবু উমজবা মনমনা তিনবা ওইবা, য়াথংনা কোকিলগী কুহুস্বরবু উমজবা, হকচাংনা চন্দনদগী হেন্না ইংবা। অসিগুম্বা হকচাংগী ফজবা চংখোনবগী লোমনফম ওইবী হে রাধে। নংগী শায়বিবশিংবু চাবদগী ঐগী অসিগুম্বা ইন্দ্রিগী মপৈনা হন্না মুংডাইবি। ইতি ॥৪৭॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক্ হুবা শক্তো পাম-জবনা য়েংজববী। শ্রীকৃষ্ণবু শোকপদা য়াম্না হবাওনা তুজংবী, কৃষ্ণগী রাঙাং তাবদা নাকোংনা খো-বাংনা তাবিবী, শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংগী মনমমুংশিববু হবাওনা নাতোন্না নম্শিবী। শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃতবু চিন্না পীবিববু পামজনা চাবিবী, শ্রীকৃষ্ণবু য়েংজবদা ইকাই থিবনা মাই ন্যকথজবী, অমুক্ ওইগবরদ তপথবী মাংলা শাবি অতুম ওইতুনমকপু মপান্দদি প্রেমগী কাংববা সত্তিক্কী মশক্কা রাববী শ্রীরাধিকাবু ঐনা নিংজবি। ইতি ॥২৬॥

মবম অসিনা কৃষ্ণ ঐডোন্দা করিগুম্বা অপেনবা অমা লৈবে। ঐবু সুমহৎপী শ্রীরাধাবু অপেনবহুনা খুহুন চল্লি ॥২১৬॥ ঐডোন্দগী শ্রীরাধানা ফংলিবা অহুগুম্বা মুংডাইবদো। অপেনবহু চানবগীদমক কৃষ্ণ ঐনা লৈবা খিবিক্তা পাম্মী ॥২১৭॥ য়াম্না যতন তৌবদা মহুবু কৃষ্ণ ঐনা চাবা উমদ্রে। অহুগুম্বা

সুংঙাইবা মাধুর্য্যগী মনম ফংবদা পাম্বা চাওখংলি ॥২১৮॥ অপেনবা রসবু চানবগীদমক শ্রীকৃষ্ণ ঐনা পোকপনি। মথন মথা য়াম্না সুংশিবা রসবু ঐনা চারে ॥২১৯॥ অদুগুম্বা রাগ ভক্তিদা ভক্তনা প্রেম রসবু, চাবগী মরমবু শাম্নরী, লীলাগী মচৎনা মরম ওইনা পুম্নমক্তা তম্লীরে ॥২২০॥ মতুদা থোরাংইবা ঐগী অপাম্বা অহুমসি নিংবা থুংদরে। অতোপ্পা পুকচেল্লা মত্তবু চাবা য়াদরে ॥২২১॥ চারিবী শ্রীরাধাগী পুকচেন কুচু লৌবা নত্তনা। অপাম্বা অহুমগী সুংঙাইবদো করিগুম্বদা চাবা ফংদ্রে ॥২২২॥ অতুনদি শ্রীরাধাগী পুকচেন্ মাগী কুচু লৌহুনা কৃষ্ণ ঐনা অপাম্বা অহুম চানবগীদমক পোকলগে ॥২২৩॥ পুম্নমক থল্লুরগা শ্রীকৃষ্ণনা মসিদা লেপলে। মতম অসিদা যুগ অবতারগী মতমনা লাকলে ।।২২৪॥ মতমসিদা শ্রীঅদ্বৈতনসু পোকনবা হায়জরকলে। শ্রীঅদ্বৈতনা নাম মন্ত্রনা ডংহুনা কৌরকলে ॥২২৫॥ মতুদগী শ্রীকৃষ্ণনা অহানবদা মমা মপা গুরুশিংবু হান্না পোকহল্লে। মতুং অতুদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী পুকচেন্ন কুচু লৌহুনা ॥২২৬॥ শ্রীনবদ্বীপতা লেংলবা শঙ্গোমগী সমুদ্র শ্রীশচীগী গর্ভ। মতুদা শ্রীকৃষ্ণনা অনিনবা থা ওইনা শ্রীগৌরচন্দ্র কৌহুনা পোকলে ॥২২৭॥ তরুক শুবা শ্লোককী মখোল অরেপ্পা হায়ববনি। স্বরূপ গোসাঞিগী পাদ পদ্মবু ঐনা নিংজহুনা ॥২২৮॥ অসিগুম্বা শ্লোক অনিগী অর্থবু অহুম্না ঐনা হায়জরবনি। শ্রীস্বরূপ-গোসাঞিগী শ্লোকনি মসি ককপা য়াদবা অরেপ-পনি ॥২২৯॥

**শ্লোক ৪৭ আঃ—পঃ (৪) শ্লোক ৬শুবদা য়েংউ ॥**

**অনুবাদ**:।—শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতগী অহৌবদা মঙ্গলাচরণ তৌবদা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অরেপ্পা মশক তাকপা পোকলকপগী মরু ওইবা মরমবু শ্লোক তরুক্তা হায়খরে। ইতি ॥৪৮॥

শ্রীরূপ রঘুনাথগী পাদদা ঐনা থুরুমজহুনা শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥২৩০॥

ইতিশ্রীচৈতন্য চরিতামৃত অদি খণ্ডদা চৈতন্যগী অবতারগী মরু কান্নবা হায়বা মরিশুবা পরিচ্ছেদনি। ইতি ॥৪৮॥

# পঞ্চম পরিচ্ছেদ

বন্দেঽনন্তাদ্ভুতৈশ্বর্য্যং শ্রীনিত্যানন্দমীশ্বরম্। যস্যেচ্ছয়া তৎস্বরূপমজ্ঞেনাপি নিরূপ্যতে ॥১॥

তথাহি—শ্রীস্বরূপগোস্বামিকড়চায়াম্ শ্লোকঃ :—

সঙ্কর্ষণঃ কারণতোয়শায়ী গর্ভোদশায়ী চ পয়োব্ধিশায়ী।
শেষশ্চ যস্যাংশকলাঃ স নিত্যানন্দাখ্য রামঃ শরণং মমাস্তু ॥ ২ ॥

তথাহি—শ্রীস্বরূপগোস্বামিকড়চায়াং শ্লোকঃ :—

মায়াতীতে ব্যাপি-বৈকুণ্ঠলোকে পূর্ণৈশ্বর্য্যে শ্রীচতুর্ব্যূহমধ্যে।
রূপং যস্যোদ্ভাতি সঙ্কর্ষণাখ্যং তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥ ৩ ॥

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং পঞ্চম অধ্যায়ে ২৫ শ্লোকঃ :—

চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু কল্পবৃক্ষলক্ষাবৃতেষু সুরভীরভিপালয়ন্তম্।
লক্ষ্মীসহস্রশতসম্ভ্রমসেব্যমানং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥ ৪ ॥

---

**অন্বয়ঃ**।—অনন্তাদ্ভু-তৈশ্বর্য্যং—মপান নাইদনা অঙকপা তৌবা ঙম্বনচিংবা গুণনতিনবা, ঈশ্বরং—মপু, নিত্যানন্দং—শ্রীনিত্যানন্দবু, বন্দে—ঐনা খুরুমজে, যস্য—মাগী, ইচ্ছয়া—কৃপাতনা, অজ্ঞেন—অপংবা ঐনা, অপি—পংত্থনমকপু, তৎস্বরূপং—শ্রীনিত্যানন্দগী অবেপ্পা মশকপু, নিরূপ্যতে—ঐনা লেপ্পা হায়জবি। ইতি ॥১॥

---

**অনুবাদ** :— মপান নাইদনা ঙকপা তৌবা ঙমবনা তিনবা, জীবগী মপু ওইবা শ্রীনিত্যানন্দবু ঐনা খুরুমজে। মাগী কৃপানা অপংবা ঐনা পংত্থনা মকপু শ্রীনিত্যানন্দগী তত্ত্ব অরেপ্পা মশকপু ঐনা লেপ্পা হায়জরি। ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুকুম্মী শ্রীনিত্যানন্দবু খুকুম্মী।
শ্রীঅদ্বৈতবু খুকুম্মী গৌরভক্তিশিংবু খুকুম্মী ॥১॥

শ্লোক তকক্কা শ্রীগৌরাঙ্গগী মতিকপু হায়খবে। শ্লোক মঙাদা শ্রীনিত্যানন্দগী অরেপ্পা মশকী ঙমখৈ হায়রি ॥২॥ শ্রীকৃষ্ণস্বয়ং ভগবান্না পুম্নমক্কী পোক-ফমনি। শ্রীকৃষ্ণগী অনিশুবা ফোংতোকপা হকচাং শ্রীবলরামনি ॥৩॥ মশক অমত্তনি হকচাংদা অনি থোকপনি। অহানবদা থাইদোকপনি শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ভেংবাংই ॥৪॥ শ্রীকৃষ্ণ অহনা নবদ্বীপতা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌত্থনা পোকলে। শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দ কৌত্থনা পোকলগা লোইনবৈ ॥৫॥

(২) শ্লোক্কী আঃ-পঃ। ১। ৭ শুবা শ্লোক্কা যংউ।

**অনুবাদ** ঃ—সঙ্কর্ষণ, কারণাব্ধিশায়ী, গর্ভোদ-শায়ী, ক্ষীরোদশায়ী, অনন্ত শেষ, পুম্নমকসে শ্রীবল-রামগী অংশনা, কলানা ওইবনি। অদুগুম্বা শ্রীবল-রামনা পোকলববা শ্রীনিত্যানন্দবু ঐনা চংজফম ওইবীসনু। ইতি ॥২॥

শ্রীসঙ্কর্ষণগী পোকফম মক ওইবা শ্রীবলরামনা। শ্লোক্কা গায়বিবা মঙাসি ওইত্থনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই ॥৬॥ শ্রীবলরামনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী ভেংবাংই। সঙ্কর্ষণনচিংবা মবিনা জগৎ শেম্বা লীলাগী থবক তৌরি ॥৭॥ মরিসিনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই কৃষ্ণগী

তথাহি—রূপগোস্বামিনা উক্তম্ :—

যদরীণাং প্রিয়াণাঞ্চ প্রাপ্যমেকমিবোদিতম্। তদ্ ব্রহ্মকৃষ্ণয়োরৈক্যাৎ কিরণার্কোপমা জুষোঃ ॥৫॥

তথাহি—ব্রহ্মাণ্ডপুরাণবচনম্ :—

সিদ্ধলোকস্তু তমসঃ পারে যত্র বসন্তি হি। সিদ্ধা ব্রহ্মসুখে মগ্না দৈত্যাশ্চ হরিণা হতাঃ ॥৬॥ (ক)

শ্রীভাগবতে । ৭ । ১ । ২৯ ।

কামাদ্দ্বেষাৎ ভয়াৎ স্নেহাৎ যথা ভক্ত্যেশ্বরে মনঃ।

আবেশ্য তদঘং হিত্বা বহব স্তদ্গতিং গতাঃ ॥ ইতি ॥৬॥ (খ)

তথাহি—শ্রীরূপগোস্বামী কড়চায়াং শ্লোকঃ।

মায়াভর্ত্তাজাণ্ডসঙ্ঘাশ্রয়াঙ্গঃ শেতে সাক্ষাৎ কারণাম্ভোধিমধ্যে।

যস্যৈকাংশঃ শ্রীপুমানাদিদেবস্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥৭॥

---

**অন্বয়ঃ**।—কল্পবৃক্ষলক্ষাবৃতেষু—শিদবা উপান লক্ষ লক্ষনা কোইবা, চিন্তামণিপ্রকরসদ্মসু—চিন্তমণিগী য়ম খিবিক্না কোইবা, সুরভীঃ—কামধেনু কৌবী ষণবীশিংবু, অভিপালয়ন্তং—চংখোম্না শেল্লিবা, লক্ষ্মী সহস্র শত সংভ্রম সেব্য মানম্—ফজরবী গোপী লিশিং চামদো মপৈ মপৈ ওইনা খোগল্লুনা পেলজল্লবা, তং—অদুগুম্বা, আদি—অহানবা, পুরুষং—পুরুষ ওইবা, গোবিন্দং—শ্রীগোবিন্দবু, ভজামি—ব্রহ্মা ঐনা নিংজরি। ইতি। ॥৪॥

**অন্বয়ঃ**।—অরীণাং—য়েকনবশিংগী, প্রিয়াণাং চ—অমসুং অনিংবা ভক্তশিংগী, একং—অমত্তবু, ইব—লেপ্পা, প্রাপ্যং—ফংগনি। ইতি—অসুম্না, যৎ—মাবু, উদিতং—ভাগবতনা হায়বা, তৎ—মাবু, কিরণার্কোপমাজুষোঃ—মশাগা মঙানগা পুনবা মুমিংকুম্না, ব্রহ্ম কৃষ্ণয়োঃ—শ্রীকৃষ্ণগা ব্রহ্মগা পুম্না, ঐক্যাৎ—অমত্তা ওইগদবনি হায়রি। ইতি ॥৫॥

**অন্বয়ঃ**।—তমসঃ—মায়াগী, পারে—মাংমদা, তু—হন্না, সিদ্ধলোকঃ—সিদ্ধলোকনালৈ, যত্র—সিদ্ধলোক্তা, সিদ্ধাঃ—জ্ঞানসিদ্ধ ওইবশিংনা, চ—হন্না, হরিনা—শ্রীকৃষ্ণমক্তনা, হতাঃ—হাৎলবা, দৈত্যাঃ—হিং চাবশিংনা, ব্রহ্মসুখে—ব্রহ্মগী নুংঙাইবা সমুদ্রদা, মগ্ন—লুপ্তুনা, হি—লেপ্পা বসন্তি—লৈ। ইতি ॥৬॥ (ক)

**অন্বয়ঃ**।—কামাৎ—পাম্বদগী, দেষাৎ—য়েক্কবদগী, ভয়াৎ—কিবদগী, স্নেহাৎ—নুংশিবদগী, যথা—অদুম্না ভক্ত্যা—ভক্তিনা, ঈশ্বর—শ্রীকৃষ্ণদা, মনঃ—পুক্নিংবু, আবেশ্য—হাপ্তুনা তদঘম্—অদুগুম্বা পাপপু, হিত্বা—হুঞ্জেকতুনা, বহবঃ—অয়াম্বা জীবনা ফংফমবু, গতাঃ—ফংখি। ইতি ॥৬॥ (খ)

---

য়াথং ঙাক্তুনা জগৎ শেম্মী। শ্রীবলরামনা অনন্তগী মশক, ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা সেবা তৌই ॥৮॥ শ্রীবলরামনা পুম্নমক ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী নুংঙাইবা রসবু চারি। অদুগুম্বা শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীচৈতন্যগা লোইনদুনা পুম্না রসবু চামিয়ৈ ॥ ৯ ॥ রসগী মশক হায়রী মদুদি—অপেনববু রস কৌই।

( সাহিত্যদর্পণঃ )

বিভাবেনা নুভাবেন ব্যক্তঃ সঞ্চারিনা তথা।

রসতা মেতি রত্যাদিঃ স্থায়ী ভাবসচেতসাম্ ॥ ইতি

**অনুবাদ**ঃ—বিভাবনা, অনুভাবনা, সঞ্চারিভাবনা অদুম্না। পুন্দুনা ফোংদোকলিবা রতিনচিংবা স্থায়ীগী নুংঙাংবা অপেনববু রস কৌই। রস চাবশিংনা হায়রি। ইতি

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অঃ ৫৪ শ্লোকঃ।

যস্যৈকনিশ্বসিতকালমথাবলম্ব্য জীবন্তি লোমবিলজা জগদণ্ডনাথাঃ।
বিষ্ণুর্মহান্ স ইহ যস্য কলাবিশেষো গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥৮॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।১৪।১১

ক্বাহং তমোমহদহংখচরাগ্নিবার্ভূ সংবেষ্টিতাণ্ডঘটসপ্তবিতস্তিকায়ঃ।
ক্বেদৃগ্বিধা বিগণিতাণ্ডপরাণুচার্য্যা বাতাধ্বরোমবিবরস্য চ তে মহিত্বম্ ॥৯॥

**অন্বয়ঃ**।— অথ—অতুগী তুংদা, লোমবিলজাঃ—তুখোংগী অহোবদা, জগদণ্ডনাথাঃ—জগৎব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপুশিংনা লৈবা, যস্য—মহাবিষ্ণুগী, একনিশ্বাসিতকালং—স্বব অমুক্তং হোন্তোকপা মতমদা. অবলম্ব্য—পাম্বৈ ওইদুনা, ইহ—জগস্তা, জীবন্তী—হিংলি, সঃ—অদুগুম্বা, মহান্ বিষ্ণুঃ—মাহাবিষ্ণুদো, যস্য—গোবিন্দগী, কলাবিশেষঃ—অংশগী মথংগী মথং কলানি, তং—অদুগুম্বা, আদি পুরুষং—অহানবা পুন্নমক্তা থল্লবা, গোবিন্দং—শ্রীগোবিন্দবু, অহং-ঐনা, ভজামি—নিংই। ইতি ॥৮॥

**অন্বয়ঃ**।—তমো মহদ-হং খচরাগ্নি বার্ভূসংবেষ্টিতাণ্ড ঘটসপ্তবিতস্তি,কায়ঃ—ময়া, মহতত্ত্ব, অহঙ্কার আকাশ—মুংশিৎ মৈ ঈশিং পৃথিবী নিপান অসিনা মপান্দা কুয়োম ওইদুনা য়োম্ব ব্রহ্মাণ্ডকটাহ অসিনা মশক ওইবা কাপ তরেত্তা য়াংবা, অহম্- মীওইস্নদবা ব্রহ্মা ঐনা, কঃ-কদাইদা, চ—হন্না, ঈদৃগ্ বিধাবিগ-নিতাণ্ড পরামুচার্য্যা বাতাধ্ব রোমবিবরস্য—অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অসি মশীং থাবা ডমদ্রবা পরমাণু উফুন লৈবিক ওইদুনা নংগী তুখোং অহোবদা পাইদুনা লৈবা, তে—নংগী, মহিত্বং—নতিকপু, ক—কদাইদা শিংথাগবা ঙমলোই। ইতি ॥৯॥

তরেৎশুবা শ্লোকী অর্থবু শ্লোক মরিদা হায়রি। হায়রিবসিতনা শ্রীনিত্যানন্দগী অরেপ্পা মশকপু পুন্নমক্না থংগনি ॥১০॥

**(৩) শ্লোকী আঃ-পঃ। ১। ৮শুবদা যেংউ।**

মায়ানা পক্তব চমদ্রবা চিন্ময় শ্রীপরব্যোম কৌবা মফমনা। শ্রীকৃষ্ণগী মশা মকুম্না তৌবা ডম্বা গুম্না তিল্লি ॥১১॥ শিনবা থুংবা, লোমদবা অচৌবা, ওইবা বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামনি। শ্রীবৃষ্ণনা, কৃষ্ণগী অবতার-শিংনা পরব্যোমনচিংবদা লৈফম্নি ॥১২॥ পরব্যোমগী মথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লৈফমনি ফাওরি। লৈফম অদুদা দ্বারকা, মথুরা, গোকুল, অহুমথোক্না লৈ ॥১৩॥ পুন্নমক্কী মথক্তা শ্রীগোকুলনি, গোপ, গোপীগী লৈফমনি! শ্রীগোলোকস্নু, শ্বেত দ্বীপতস্নু শ্রীবৃন্দা-বন কৌই॥১৪॥ শ্রীবৃন্দাবন্না শিস্নুংই, লোমদে চাওই, শ্রীবৃষ্ণগী হকচাংগা মান্নৈ। রায়েনগী মথা পোন্দে মথক, মথা, মন্নুংদা শিনথুংনা লৈ ॥১৫॥ ব্রহ্মাণ্ডদা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বদগী শ্রীবৃন্দাবনবু ফোংদোকলি। শ্রীগোকুলগা শ্রীবৃন্দাবনগা মশক অনি নত্তে অমত্তনি ॥১৬॥ শ্রীবৃন্দাবন্দি চিন্তামণিনা লৈফমনি কল্পবৃক্ষনা বন্নি। শ্রীবৃন্দাবন্দা অচম্বা মীনদি অচম্বা লৈবাক্না মান্ননা উগনি ॥১৭॥ শ্রীবৃন্দাবন্দা প্রেমগী মিৎনদি অবেপ্পা মশক্তো ফোংনা উগনি। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীবৃষ্ণগী গোপ গোপী লোইননা শাস্নবনু ফংগনি ॥ ১৮॥

**অনুবাদঃ**—শিদবা উপান লক্ষ লক্ষনা কোইবা চিন্তামণিগী যুম খিবিক্না কোইবা, কামধেনু কৌবী ষনবীশিংবু চংথোম্না শেল্লিবা ফজরবী গোপী লিশিং চামদো মপৈ মপৈ ওইনা থোগন্দুনা পেহল্লবা, অক্ত

তথাহি '—লঘুভাগবতামৃতে পূর্ব্বখণ্ডে নবমাঙ্কধৃত সাত্বততন্ত্রে।

**বিষ্ণোস্তু ত্রীণি রূপাণি পুরুষাখ্যান্যথোবিদুঃ**
**একন্তু মহতঃ স্রষ্টৃ, দ্বিতীয়ন্ত্বণ্ডসংস্থিতম্ তৃতীয়ং সর্ব্বভূতস্থং তানি জ্ঞাত্বা বিমুচ্যতে ॥১০॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে । ১ । ৩ । ২৮ ।

**এতে চাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়যন্তি যুগে যুগে ॥১১॥**

---

**অন্বয়ঃ** ।—বিষ্ণোঃ—মহাবিষ্ণুগী, তু—হন্না, পুরুষাখ্যানি—পুরুষ কৌবা, ত্রীনি অহুমগুবা, রূপানি, মশকশিংবু, বিদুঃ—খংগনি, অথঃ—অতুগী তুংদা মখোইগী মরক্তা, একম্ অমনা, তু—হন্না, মহতঃ—মহতত্ত্বগী, স্রষ্টৃ—শেম্বা মপুনি, দ্বিতীয়ং—অনিশুবনা, তু—হন্না, অণ্ডসংস্থিতম্—ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্য্যামীনি, তৃতীয়ং—অহুমশুবনা, সর্ব্বভূতস্থং—অকুপ্পা জীবগী অন্তর্য্যামীনি, তানি—পুরুষশিংগী মশকপু, জ্ঞাত্বা—খংবতনা, বিমুচ্যতে—লাল্লি। ইতি ॥১০॥

---

গুম্বা অহানবা পুরুষ শ্রীগোবিন্দবু ঐনা নিংজরি। ইতি ॥৪॥

মথুরা দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী ফোংদোকপা মশক্তা। অয়াম্বা ব্যূহ মরিনচিংবা লোইননা শাম্নহুনা লৈ ॥১৯॥ শ্রীবাসুদেব শ্রীসঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্না অনিরুদ্ধ কৌবা। অয়াম্বা ব্যূহ মরিনচিংবগী পোককম অংশীদো শেংলবা তুরীয় কৌই ॥২০॥ শ্রীবৃন্দাবন, মথুরা, দ্বারকা, অহুমসিদা শ্রীকৃষ্ণনা অরেপ্পা লীলাগী মশকপু পরিষাদশিং লোইনহুনা মতম খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণনা শাম্নরি ॥২১॥ অতুগা পরব্যোমদা শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীনারায়ণ কৌবা মশক্ অমা ফোংদোকই। শ্রীপরব্যোমদা শ্রীনারয়ন্না মখন মথা য়াম্না শাম্নহুনা লৈ ॥ ২২ ॥ শ্রীকৃষ্ণ অংশীগী পাম্বোম্ অনি পানবা মূর্ত্তিনা অরেপ্পা মশক্নি। শ্রীকৃষ্ণগী বিলাস শ্রীনারায়ন্না পাম্বোম মরি পানবা মশক্নি ॥২৩॥ মোইবুং,-চক্র-থম্বান্-গদা, পাইবা য়াম্না তৌবা ভম্বগী মশক্নি। শ্রীশক্তি, ভূশক্তি, লীলা শক্তি, অহুমনা শ্রীনারায়ণগী সেবা তৌই ॥২৪॥ তৌইগুম্বসুং শ্রীনারায়ণগী ঐশ্বর্য্যগী রস চাবনা অরেপ্পা ধর্ম্মনি। ওইহুনমকপু মানা জীবশিংগী মুক্তি পীবা থবকসি কৃপানা তৌরি ॥২৫॥ লৈমিন্নবা, নক্পবা, ভম্বা মান্নবা, শক মান্নবা, মথন মরি অসি মুক্তিনি। শ্রীনারায়ন্ন' মুক্তি মথন্ মরি পীহুনা জীবশিংবু লানবিরি ॥২৬॥ ব্রহ্মসাযুজ্য মুক্তি ফংবশিংগী বৈকুণ্ঠদা ফংদে। মখোইশিংগী বৈকুণ্ঠগী মপান্দা ফংহুনা লৈ ॥২৭॥ শ্রীবৈকুণ্ঠগী মপান্দা মঙানগী মকোইগী মশক অমা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্না ভাল্লবা হকচাংগী মঙান্নি ॥২৮॥ মায়ানা পক্তবনি হকচাংগী মঙান্দো সিদ্ধলোক কৌই। মশক লৈতে চিৎস্বরূপকী মঙান্তনা ওইবা মশক্নি ॥২৯॥ অতুম্না মুমিৎপু মশক নাইদনা মপান্দা মঙানগী মতুম্ ওইনা উনৈ। অতুবু মনুংদা মুমিংকী মশক রথনচিংবা লৈবগুম্বনি ॥৩০॥

**অনুবাদঃ**—য়েক্রবশিংগী অমসুং অনিংবা ভক্তশিংগী অমত্তবু লেপ্পা ফংগনি, অসুম্না মাবু ভাগবতনা হায়বা। মাবু মশাগা মঙানগা পুনবা মুমিৎ কুম্না, শ্রীকৃষ্ণগা ব্রহ্মগা পুন্না অমত্তা ওইগদবনি হাযরি। ইতি ॥৫॥

অতুম্না পরব্যোমদা অয়াম্বা চিৎ শক্তিনা শাম্নরিবা মশকশিংদো। মপান্দা ফোংদোকইবা মশক লৈতবা মঙানগী মকোইতবু উই ॥৩১॥ অতুগুম্বা মঙানগী মশকতুবু লেপ্পা নিরাকার ব্রহ্মনি হায়বি। অতুনা সাযুজ্য মুক্তিশিংনা মঙান্দা তিনবা ফংই ॥৩২॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ২।৬।৪০ শ্লোকঃ।

**আদ্যোঽবতারঃ পুরুষঃ পরস্য কালঃ স্বভাবঃ সদসন্মনশ্চ।**
**দ্রব্যং বিকারো গুণ ইন্দ্রিয়াণি বিরাট্ স্বরাট্ স্থাস্নু চরিষ্ণু ভূম্নঃ॥১২॥**

**অন্বয়ঃ**।—পরস্য—অথোইবা, ভূম্নঃ—মতিক চাওরবা, আদ্যঃ—অহানবা, অবতারঃ—অবতারনি, পুরুষঃ—অহানবা পুরুষনি, কালঃ—মতম, স্বভাবঃ—মহৌশাগী মতৌ, সৎ—অরেপ্পা, অসৎ—লেপ্তবা, মনঃ—পুক্নিং, দ্রব্যং—পাংশক, বিকার—মশক পানবা, গুণঃ—সত্ত্ব,-রজ,-তমঃ, ইন্দ্রিয়াণি—ইন্দ্রিয়শিং, বিরাট—অছুপ্পা মশক, স্বরাট—মাতনা ওইবা, স্থাস্নু চত্তবা, চরিষ্ণু—অচৎপা, পুন্নমকসি মাগী বিভূতি (ঐশ্বর্য্যনি—তৌবা ভম্বনি) ইতি॥১২॥

**অনুবাদ**:—মায়াগী রাংমদা, হন্না সিদ্ধ লোকনা লৈ, সিদ্ধ লোক্তা জ্ঞান্না সিদ্ধ ওইবশিংনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা হাৎলবা হিংচাবশিংনা, ব্রহ্মগী মুংঙাইবা সমুদ্রদা লুপ্তুনা লেপ্পা লৈ। ইতি॥৬॥ (ক)

**অনুবাদ**:— শ্রীকৃষ্ণবু পাম্বদগী, য়েকনবদগী কিবদগী মুংশিবদগী অহুম্না ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিংবু হাপতুনা, অদুগুম্বা পাপপু হুগ্লেকতুনা অয়াম্বা জীবশিংনা ফংফমবু ফংথি। ইতি॥৬॥ (খ)

অদুগুম্বা পরব্যোমদা শ্রীনারায়ণগী মাইকৈ মরিদা। দ্বারকাগী অনিগুবা ব্যূহ মরিগী মশক ফোংদোকতুনা লৈ॥৩৩॥ বাসুদেব, সঙ্কর্ষণ, প্রদ্যুম্ন, অনিরুদ্ধ অসি অনিগুবা ব্যূহনি। অনিগুবা ব্যূহ মবি অসি অশেংবা তুরীয় হায়না কৌই॥৩৪॥ পরব্যোমদা অনিগুবা ব্যূহ মহাসঙ্কর্ষণন্দো শ্রীবলরামদগী বিলাসনি মহাসঙ্কর্ষণন্দো চিচ্ছক্তিগী মপুনি শ্রীমহাবিষ্ণুগী পোকফমনি॥৩৫॥ চিচ্ছক্তিনা মশক অমা ওই মতুদি শুদ্ধসত্ত্ব কৌই। অয়াম্বা বৈকুণ্ঠনচিংবা ধামশিংসি শুদ্ধসত্ত্বনা ওইবনি॥৩৬॥ বৈকুণ্ঠদা ঐশ্বর্য্য তককা থল্লি পুন্নমক্তা চিন্ময়নি চমদবনি। লেপ্পা খংউ পুন্নমকসি সঙ্কর্ষণনা লেপ্পা শেম্বনি॥৩৭॥ তটস্থা কৌবী জীব অসি, সঙ্কর্ষণগী শক্তি অমনি। মহাসঙ্কর্ষণনা জীবশিংগী থোকফম তিনফমনি॥৩৮॥ মর্ত্তোদগী জগৎ পোকপা মতোন্দা জগৎনা তিনবা অদুগুম্বা মহাবিষ্ণুগী শ্রীসঙ্কর্ষণ্না পোকফমনি তিনফমনি॥৩৯॥ পুন্নমক্কী মক্ষ অয়াম্বা অঙকপা তৌবা ভম্বা গুন্না চাংজৌ নাইদে। হায়রিবা সঙ্কর্ষণগী মতিকপু অনন্তমক্না হায়বা ভমদ্রে॥৪০॥ শেংলবা অরেপ্পা তুরীয় ওইবা শ্রীসঙ্কর্ষণ কৌবা। মদো শ্রীবলরামগী অংশনি, শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দনি॥৪১॥ নিপানগুবা শ্লোক্কী অর্থ স্রুপ্পা হায়রবনি। মাপনগুবা শ্লোক্কী অর্থ হায়গে পুক্নিং চংনা তারো॥৪২॥

## (৭) শ্লোক্কী আঃ-পঃ।১।৯ গুবা শ্লোক্তা য়েংউ।

শ্রীবৈকুণ্ঠগী মপান্দা অদুগুম্বা মডানগী মফম ওইবা। মহাক্কী মপালদা পোকনফম সমুদ্র অমা লৈ॥৪৩॥ কারন সমুদ্রনা কোইশিন্দুনা মনুংদা লৈবা বৈকুণ্ঠনি। মাগী চাংজৌ নাইদে বৈকুণ্ঠগী অরোম্বা নাইদে॥৪৪॥ বৈকুণ্ঠগী লৈফমনচিংবদো অচম্বা নত্তে চিন্ময়নি। মাযানা শেম্বা পঞ্চভূতনা মফমতুনা পোক্তে॥৪৫॥ বৈকুণ্ঠদা লৈবা ঈশিংসু চিন্ময়নি থোইদোক্তা ময়ামগী পোকফমনি। মাগী মরীক অমনা জগৎ শেংবীবা গঙ্গা ওই॥৪৬॥ অদুম্বা কারণ সমুদ্রদা অদুগুম্বা সঙ্কর্ষণগী। অংশনা, ওইবা শ্রীমহাবিষ্ণুনা অনন্তদা চেপ্তুনা লৈ॥৪৭॥ মহ-তত্ত্ব শেম্ব পুরুষনি মানা জগৎকী পোকফমনি। অহানবা অবতারনি মায়াগী মকমদা য়েংবি॥৪৮॥ মায়া শক্তিনা বিরজাগী রাংমা দেবী ধামদা লৈ। কারণ

তথাহি – শ্রীমদ্ভাগবতে । ১ । ৩ । ১

জগৃহে পৌরুষং রূপং ভগবান্মহদাদিভিঃ । সম্ভূতং ষোড়শকলমাদৌ লোকসিসৃক্ষয়া ॥১৩॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১। ১১। ৩৪

এতদীশন মীশস্য প্রকৃতিস্থোঽপিতদ্গুণৈঃ নযুজ্যতে সদাত্মস্থৈর্যথা বুদ্ধিস্তদাশ্রয়া ॥১৪॥

তথাহি—স্বরূপগোস্বামিকড়চোক্তশ্লোক ঃ—

যস্যাংশাংশঃ শ্রীলগর্ভোদশায়ী যন্নাভ্যব্জং লোকসঙ্ঘাতনালং ।
লোকস্রষ্টুঃ সূতিকাধাম ধাতু স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥১৫॥

---

অন্বয়ঃ ।—ভগবান্ – শ্রীভগবান্না, আদৌ – অহানবদা, লোকসিসৃক্ষয়া – জগৎপু শেমগে নিংদুনা, মহদাদিভি ঃ – মহতত্ত্বনচিংবনা, সম্ভূতং—চ থোক্না তিনবা, ষোড়শকলং—কলা তেরাতরুক্ ( ইন্দ্রি, ১১, পঞ্চভূত ; ৫, ) না তিনবা, পৌরুষং—পুরুষ কৌবা, রূপং – মশকপু, জগৃহে—পোকখি । ইতি ॥১৩॥

---

সমুদ্রদা মায়াদেবীনা শোকপা ডমদে ॥৪৯॥ হায়রিবা মায়াদো মথন অনি থোক্না লৈ । মতুদি জগৎকী, উপদান, অমসুং নিমিত্ত, মায়া অসিনি ॥৫০॥ ফক্ চন্‌বী মায়ানি মানা জগৎ শেম্বা ডমদে । শ্রীকৃষ্ণনা থোজানবীদুনা মাযাদা শক্তি শন্তোকপী ॥ ৫১ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিতনা ডমহন্দুনা মায়াগা জগৎ শেম্বনি । মৈ ইবৃপা য়োংনা শোকৃপদা চাকপগুম্বনি ॥ ৫২ ॥ মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা জগৎকী পোকফম মরুনি । মায়ানা জগৎ পোকৃপসি হ্রামেং লাবদা মখোম্ শুম্বগুম্বনি ॥৫৩॥ মায়ানা অংশনি, মায়ানা পোক্-ফম্‌গী মরম্‌নি হায়বি । মায়ানা শেম্‌দে, মরমদুনা নারায়ন্না জগৎ শেম্বগী মপুনি ॥৫৪॥ চফু শাবগী মরম্‌দি ফুজবনা মপু ওইবগুম্বনি । অদুম্না জগৎ শেম্বগী মপু, পুরুষা অবতার মহাবিষ্ণুনি ॥ ৫৫ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা শেম্বা মপুনি, মায়ানা মাগী তেংবাংবনি । চফু ওইনবগী দণ্ডনা চক্রনা তেংবাংবা অদুগুম্না ওইবনি ॥৫৬॥ অরাপ্পদগী শ্রীমহাবিষ্ণুনা মায়াদেবী-দা য়েংবী । য়েংবতনা জীবগী মশক বীর্য্যবু মায়াদা হাপ্পী ॥৫৭॥ শ্রীমহাবিষ্ণুগী হকচাংগী মডাম্না মায়াদা শোকপীরি । মতমদুদা মায়াদগী জগৎ অমসুং ব্রহ্মাণ্ডশিংনা পোকই ॥৫৮॥ পোকলকইবা ব্রহ্মাণ্ডগী মশঙ্কো শিংথাবা ডমদনা য়ানখরে । ব্রহ্মাণ্ড খুদিংগী পুরুষ অমমম্ চংদুনা লৈ ॥৫৯॥ পুন্নমকসি মহা-বিষ্ণুগী নাতোন্দগী স্বব হোন্দোকপা মতমদা স্বরগা লোইনদুনা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডনচিংবসি পোকই ॥ ৬০ ॥ অমুক হন্না স্বব চিংশিনবদা গর্ভদা লোইনা চংভি । স্বরগা লোইনদুনা পুন্নমক্ পুরুষগী হকৃচাংদা লৈ থোংনাওগী অহোবদা উফুল লৈরিক্না চংপগুম্না । মহাবিষ্ণুগী হকচাংগী তুখোংদা ব্রহ্মাণ্ডগী মপৈনা লৈ ॥ ৬২ ॥

**অনুবাদ** :—অদুগী তুংদা তুখোংগী অহো-বদা জগৎ ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মপুশিংনা লৈবা, শ্রীমহা-বিষ্ণুগী মুংশাস্বর অমুক্তং হোন্তোকপা মতমদা, পাম্বৈ ওইদুনা জগত্তা মখোইনা হিংলি । অদু-গুম্বা মহাবিষ্ণুদো শ্রীগোবিন্দগী, অংশগী মথংগী মথং কলানি, অদুগুম্বা অহানবা পুন্নমক্তা থল্লবা শ্রীগোবিন্দবু ঐনা নিংভি । ইতি ॥৮॥

**অনুবাদঃ** মায়া অহঙ্কার মহতত্ত্ব, আকাশ মুং-শিং মৈ ঈশিং পৃথিবী নিপান অসিনা মপান্দা কুয়োম্ ওইদুনা য়োম্বা, ব্রহ্মাণ্ড কটাহ অসিনা মশক ওইবা, কাপ তবেং য়াংবা । মীওই শুদবা ব্রহ্মা ঐনা কদাইদা হন্না, অসিগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অসিনা মশিং থাবা ডমত্রবা উফুল লৈরিক ওইদুনা নংগী তুখোং

তথাহি—শ্রীস্বরূপগোস্বামিকড়চায়াং শ্লোকঃ :—

যস্যাংশাংশাংশঃ পরাত্মাখিলানাং পোষ্টা বিষ্ণুর্ভাতি দুগ্ধাব্ধিশায়ী।
ক্ষৌণীভর্ত্তা যৎকলা সোঽপ্যনন্ত স্তং শ্রীনিত্যানন্দরামং প্রপদ্যে ॥১৬॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ১১ অঃ ২১ শ্লোকঃ

বৃষায়মাণৌ নর্দ্দন্তৌ যুযুধাতে পরস্পরম্। অনুকৃত্য রুতৈর্জন্তূন্ চেরতুঃ প্রাকৃতৌ যথা ॥১৭॥

তত্রৈব—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।১৫

কচিৎ ক্রীড়া-পরিশ্রান্তং গোপোৎসঙ্গোপবর্হণং। স্বয়ং বিশ্রাময়ত্যার্য্যংপাদসম্বাহনাদিভি ॥১৮॥

**অন্বয়ঃ**।—বৃষায়মাণৌ—বন শাহুনা, নর্দ্দন্তৌ—খোংহুনা, পরস্পবং যুযুধাতে—শ্রীবাম কৃষ্ণ অনিনা মহৈ মহৈ বনধাইনৈ। রুতৈঃ—খোংহুনা, জন্তূন্—জীবশিংবু, অনুকৃত্য—মতৌ তমহুনা, প্রাকৃতৌযথা—অচম্বা অভাং-গুম্বা, চেরতুঃ—শাম্নখি। ইতি ॥১৭॥

অহোবদা পাইহুনা লৈবা নতিকপু কদাইদা শিং-থাপবা, ওমলোই। ইতি ॥৯॥

অংশগী অংশদো ( হুম্বগী হুম্ববু ) কলা কৌই। শ্রীগোবিন্দগী বৈভব প্রকাশনা শ্রীবলরামনি ॥৬৩॥ শ্রীবলরামগী বিলাসগী মশক্কা শ্রীমহাসঙ্কর্ষণনি। শ্রীসঙ্কর্ষণগী অংশ মহাবিষ্ণুদো শ্রীবলরামগীদি কলানি শিংথারি ॥৬৪॥ মাবু শ্রীবলরামগী কলানি হায়বা শ্রীমহাবিষ্ণুদো। অবতারশিংগী অবতারীনি মানা-পুম্নমক্কী মপুনি ॥৬৫॥ গর্ভোদশায়ী, ক্ষীরোদ-শায়ী কৌবা পুরুষ অনি। অসি মহাবিষ্ণুগী অংশনি মানা জগৎকী শিন্থুংবা মরমনি ॥৬৬॥

**অনুবাদ**:।—শ্রীমহাবিষ্ণুগী হন্না পুরুষ কৌবা অহুমগুবা মশকশিংবু খংগনি। অতুগী তুংদা মখোয়গী মরক্তা, অমনা হন্না মহতত্বগী শেম্বা মপুনি অনিগুবনা হন্না ব্রহ্মাণ্ডদা লৈবা ব্রহ্মাণ্ডগী অন্তর্যা-মীনি। অহুমগুবনা অকুপ্পা জীবগী অন্তর্যামীনি। পুরুষশিংগী মশকপু খংবতনা লাল্লি। ইতি ॥১০॥ তৌইগুমসুং শ্রীমহাবিষ্ণুবু শ্রীকৃষ্ণগী কলানি হায়রি। শ্রীমহাবিষ্ণুদো, ডা থেঙ্গনচিংবা অবতারগী অব-তারীনি ॥৬৭॥

## শ্লোক ১১. আঃ-পঃ (১) শ্লোক ১৩ গুবদা য়েংউ॥

শ্রীপ্রথম্ পুরুষনা শেম্বা, য়োকপা, লৌশিনবগী মপুনি। জগৎকী মবুঙেডানি মানা অয়াম্বা অবতার তৌই ॥৬৮॥ জগৎ শেম্বনচিংবগীদমক্তা মাগী অংশনা পোকই। মাগী অংশনা পোকপা অতুবু অবতার কৌই ॥৬৯॥ অহানবা অবতারনি শ্রীমহাবিষ্ণুনা ভগবান্নি। অবতারশিংগী অবতারীনি (পোকফমনি) পুম্নমক্কী চংফমনি ॥৭০॥

**অনুবাদঃ**।—অথোইবা মতিক চাওবা শ্রীভগ-বানগী অহানবা অবতারনি অহানবা পুরুষনি। মতম, মহৌশাগী মতৌ, অবেপ্পা, লেপ্পুবা, পুক্নিং পোৎশক, মশক পানবা গুণ, ইন্দ্রিশিং, অহুপ্পা মাতনা ওইবা চত্তবা, অচংপ পুম্নমকসি মাগী তৌবা ওম্বনি। ইতি ॥১২॥

**অনুবাদ**:—শ্রীভগবান্না অহানবদা জগৎ শেমগে নিংহুনা মহতত্ত্বনচিংবনা চংখোম্না তিনবা, কলা তরাতরুক্কা তিনবা, পুরুষ কৌবা মশকপু পোকখি। ইতি ॥১৩॥

তৌইগুমসুং চংফমনি, শ্রীমহাবিষ্ণুদা অয়াম্বা ব্রহ্মাণ্ডশিংনা লৈ পুম্নমক্কী আত্মা ওইহুনা শ্রীমহা-বিষ্ণুনা জগৎপু পুরী ॥৭১॥ জগৎ শেম্নবগী মহা-বিষ্ণুনা মায়াগা মরি থাংই। লোইনবমক্তদা মডোন্দা মায়াগী গদ্ধনা শোক্কে ॥৭২॥

তত্রৈব—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩৪।

কেয়ং বা কুত আয়াতা দৈবী বা নার্য্যুতাসুরী। প্রায়োমায়াস্তু মে ভর্ত্তুর্নান্যা মেঽপি বিমোহিনী ॥১৯॥

**অন্বয়ঃ**।—কচিৎ করিগুম্বদা, স্বয়ং—শ্রীকৃষ্ণনা, ক্রীড়াপরিশ্রান্তং—শান্নবনা হ্নান্নবা, গোপোৎসঙ্গোপবর্হণং—গোপগী তম্পাক্তা মোনখাংশুনা হিপলবা, আর্য্যং—ময়াম্বা বলদেববু, পাদসম্বাহনাদিভিঃ—মখোং নোইহুনা, বিশ্রাময়তি—পোংখাহল্লি। ইতি ॥১৮॥

**অন্বয়ঃ**।—ইয়ং—মসিগুম্বা মায়াসি, কা—কনাননো, কুতঃবা—কদাইদগী, আয়াতা—লাকপনো, দৈবী—লাইনবা, নারী—মীন তৌবরা, বা উত—অমদি, আসুরী—হিংচাবনরা, প্রায়ঃ—চংখোম্না ঐনা খংলে, মে—ঐগী, ভর্ত্তুঃ—ইবুংঙোগী মায়ানি, অন্তু—ওইসনু, অন্যা—অতোপ্পা অমনা, মে অপি—ঐমকপু, বিমোহিনী—সুমহৎপা, ন—ওইরোই। ইতি ॥১৯॥

**(১৪) শ্লোক্কী আঃ-পঃ।২।১১ শুবদা য়েংউ।** অস্নুম্না গীতাদা শ্রীকৃষ্ণনা হয়া হয়া হায়রি। মতম লৈবখিবিক্তা ঈশ্বরগী অরেপ্পা মশক খংবা ঙম্মদে ॥৭৩॥ কৃষ্ণ ঐনা জগত্তা লৈ, জগৎনা ঐঙোন্দা লৈ। ঐঙোন্দা জগৎনা লৈতে, জগত্তা ঐনা লৈতে ॥৭৪॥ কৃষ্ণ ঐগী ইশক খনবদা ফংবা ঙমদবনি, তৌবঙম্বনি অস্নুম্না খংউ। অস্নুম্না গীতাগী অর্থনা ফোংদোক্লা হায়রি ॥৭৫॥ অহুগুম্বা প্রথম পুরুষদো শ্রীবলরামগী অংশনি। শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যানন্দনা চৈতন্যগা পুন্না বসবু চামিন্নৈ ॥৭৬॥ মাপল শুবা শ্লোক্কী অর্থ হায়রবনি। তরাশুবা শ্লোক্কী অর্থ হায়গে পুক্লিং চংনা তারো ॥৭৭॥

**(১৫, শ্লোক্কী আঃ-পঃ ১৯ শুবদা য়েংউ)** প্রথম পুরুষনা ব্রহ্মাণ্ড ময়াম শেম্লে। অনিশুবনা ব্রহ্মাণ্ডশিংদা মূর্ত্তি ময়াম ওইহুনা মমুংদা চংলে ॥৭৮॥ মমুংদা য়েংবদা পুন্নমক ইমম মম্মী। লৈফম লৈতে মহুদা রাখল তৌই ॥৭৯॥ মশাদগী হুমাং শিন্নরক্লে শেমলকলে। হুমাংগী ঈশিংনা ব্রহ্মাণ্ড তংখাই অমা থল্লে ॥৮০॥ ব্রহ্মাণ্ডনা য়ুথক্ কোটি য়াংখৈ চাওই। মরাক মথুং মাম্লনা কোইরক কোই ॥৮১॥ তংখাই থনুম্বা ঈশিংগী মথক্তা মানা লৈ। অমদি তংখাই অহুদা জগৎ মরোল তরামরি শেমদোকই ॥৮২॥ ঈশিংগী মথক্তা মাগী লৈফম বৈকুণ্ঠ ফোংদোকই। ঈশিংদা তাওবা শেষগী মফক্তা লৈফমনি ॥৮৩॥ অনন্তনা শয্যা ওইরবা, মথক্তা চেপতুনা লৈবা মাগী মকোক লিশিংনি মচিন লিশিংনি ॥৮৪॥ মমিৎ লিশিং মখুৎ লিশিংনি মখোং লিশিংনি। অয়াম্বা অবতারশিংগী অবতারীনী জগৎকী পোকৃফম ॥৮৫॥ মাগী খোইদো থম্বান্দগী থিনকত্তুনা থম্বাল অমা শাংলি। থম্বালগী থমচেত্তা ব্রহ্মাগী পোকফমনি ॥৮৬॥ থম্বান্দুগী মখোক্তা মবোন তরাময়িনি। গর্ভোদশায়ী মানা ব্রহ্মা ওইহুনা জগৎ সৃষ্টিবু শেম্মী ॥৮৭॥ মানা শ্রীবিষ্ণু ওইহুনা জগৎপু য়াকই। মায়াগী গুন্দগী হেন্দোকই বিষ্ণুবু মায়ানা শোক্তে ॥৮৮॥ মানা রুদ্র ওইহুনা জগৎ প্রলয় তৌই। সৃষ্টি স্থিতি, প্রলয়, মাগী নিংবদগী ওইবনি ॥৮৯॥ জগৎকী পোকফমনি মানা ব্রহ্মাগী অন্তর্য্যামীনি। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বর, শেম্বা অনিশুবা পুরুষদো ॥৯০॥ শ্রীবলরামগী অংশগী অংশনা পোকপনি। পুন্নমকসিগী মবুংঙো পোকনফম শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দনি ॥৯১॥ অস্নুমনা তরাশুবা শ্লোক্কী অর্থ হায়রবনি। তরামাখোই শুবা শ্লোক্কী অর্থ হায়গে পুক্নিং চংনা তারো ॥৯২॥

**১৬, শ্লোক্কী আঃ-পঃ ১।১১ শুবদা য়েংউ।** শ্রীনারায়ণগী খোইদো থম্বানগী মকোক্তা পৃথিবী

তত্রৈব—শ্রীভাগবতে ৬৮ ৩৭

যস্যাঙ্ঘ্রিপঙ্কজরজোঽখিললোকপালৈর্মৌল্যুত্তমৈর্ধৃতমুপাসিততীর্থতীর্থম্।
ব্রহ্মা ভবোঽহমপি যস্য কলাঃ কলায়াঃ শ্রীশ্চোদ্বহেম চিরমস্য নৃপাসনং ক ॥২০॥

অন্বয়ঃ।—যস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, কলায়া—কলাগী, কলা—কলানা, ব্রহ্মা—ব্রহ্মা, ভবঃ—মহাদেব, অহম্ অপি—শ্রীবলদেব ঐস্যু, শ্রীঃচ—অমসুং শ্রীলক্ষ্মী, অখিল লোকপালৈঃ—অয়াম্বা জগৎ ঙাকপা পুরুষকুনা, মৌল্যুত্তমৈঃ—কিরিটিগা লোইনবা কোকনা, ধৃতম্—পুবা, উপাসিত তীর্থ তীর্থং—নিংনরবা তীর্থগী তীর্থ ওইবা, যস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, অঙ্ঘ্রিপঙ্কজরজঃ—শ্রীচরণগী উমুনবু, চিরং—কুইনা, উদ্বহেম—কোকথোংনা পুরি, অস্য—শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা, নৃপাসনং—সিংহাসন, আসনং ক—করি তৌগনি। ইতি ॥২০॥

লৈ। অদুগুম পৃথিবীদা সমুদ্র ইরম তরেৎ শিংথাদুনা লৈ ॥৯৩॥ শঙ্গোম অনৌবগী সমুদ্রদা শ্বেতদ্বীপ লৈ। শ্বেতদ্বীপ জগৎ য়োকপা শ্রীবিষ্ণুগী লৈফম্নি ॥৯৪॥ অদুমক্তুবা শ্রীবিষ্ণুনা জীব পুরুষকী থমোইদা লৈবা অন্তর্যামীনি। জগৎ য়োকপনি শ্রীবিষ্ণুনা জগৎকী মবুংঙোনি ॥৯৫॥ মানা মন্নুশিংগী যুগ-শিংগী অয়াম্বা অবতার তৌই। মানা ধর্মবু লিং-খৎলি অধর্মবু মাংহল্লি ॥৯৬॥ লাইশিংনা মাগী মশাক উবা কথদে। লাইয়ামনা মঙোম্‌গী সমুদ্র মপান্দা চৎতুনা হায়জৈ ॥৯৭॥ হায়জরবদা মানা পোক্লক্লুনা জগৎ য়োকই। লোম্বা লৈতবা তৌবা ঙম্বা মতিকপু শিংথাবা ঙমদে ॥ ৯৮ ॥ হায়রিবা শ্রীবিষ্ণুদো শ্রীবলরামগী মরিগুবা অংশনা পোক-পনি। শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যানন্দনা পুরু-ষকী পোকফমনি মপুনি ॥৯৯॥ শ্রীবিষ্ণুসিনা শেষ ওইদুনা পৃথিবীবু পুরি। কোক্তা পুরিবা পৃথিবীবু কনায়দা লৈবলো থংদে ॥১০০॥ মাগী য়ায়া চাও-রবা মতোক লিশিংগী মশৈনি। মতোক্তা মণি লিশিংনা ঘুমিত্তগী হেন্না তঙ্গুপ তরেৎই ॥ ১০১ ॥ পৃথিবীনা যুবক কোটি মাংখৈ চাওই। অদুবু মাগী মতোক অমদা হঙ্গাম মকগুম্বা লৈ ॥১০২॥ অদুগুম্বা শেষ অনন্তদো মনাই ওইনা পোকপনি। মানা ঈশ্বর সেবা অমুনা অতোপ্পা অমা থংদে ॥ ১০৩ ॥

মচিন্ লিশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণবু শোল্লী-শকই। তত্তুনা শক শোনবদা নাম গুণগী অরোম্বা কংদে ॥১০৪॥ সনকনচিংবনা শেষগী চিন্দগী শ্রীভাগবত তাই। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ, নাম শোনবদা ফুংঙাইবদা তাওরী ॥১০৫॥ মানা, ছাতিন, খুরুম, মোন, ফি, ফমুং অদুগা। য়ুম, শানফম, লুগুণ-ফমফম্ মশক-শিংসি ॥১০৬॥ শেষনা তোপ্পা ২ ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই। মানা শ্রীকৃষ্ণগী অরেম্বদা কংই অদুনা শেষ কৌই ॥১০৭॥ অসিগুম্বা শেষদো শ্রীবল-রামগী মঙাগুবা কলানি। শ্রীবলরামনা পোকপা শ্রীনিত্যাইবু কনানা শিংথাবা ঙমলোই ॥১০৮॥ অদুবু শ্রীনিত্যাইনন্দগী ঙমখৈবু হায়রিবা প্রমাণ-শিংনা থংগনি। কনানা মাবু অনন্তনি হায়ববু মাগী মতিক্না করি ওইরোই ॥১০৯॥ অমদি মমাইনা নিংবদো হায়বদো অওইবনি নিংগনি। মানা পোকফম ওইবনা পোকইবসিংগী মশক্নি ॥১১০॥ অদুগুম্বা পোকফমগা অমদি পোকইবগা অমত্তনি থংউ। মমাংঙৈদা শ্রীকৃষ্ণবু কনানা কনানি অদুম্বা নিংঙি ॥১১১॥ কনানা শ্রীকৃষ্ণবু সংসংনা শ্রীনারায়ণনি হায়রি। কনানা শ্রীকৃষ্ণবু সংসংনো শ্রীরামনি হায়রি ॥১১২॥ শ্রীকৃষ্ণবু কনানা শ্রীবিষ্ণুনা পোকলম্বনি হায়রি। ওইদব, নত্তে মরামগী রাইহেদো অচুম্বনি ॥১১৩॥ শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজদা পোকপা মতমদ

তথাহি :—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫।৩৯

**রামাদিমূর্তিষু কলানিয়মেন তিষ্ঠন্ নানাবতারমকরোদ্ভুবনেষু কিন্তু।**
**কৃষ্ণঃ স্বয়ং সমভবৎ পরমঃ পুমান্ যো গোবিন্দমাদি পুরুষং তমহং ভজামি ॥২১॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—যঃ—যানা, পরমঃ পুমান্—অখোইবা পুরুষ ওইবা, কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, কলানিয়মেন্—হন্থবা কলাগী রায়েন্না, রামাদিমূর্ত্তিষু—রামনচিংবা মুর্ত্তি খিবিক্তা, তিষ্টন্—লৈদুনা, ভুবনেষু—মরোন তবামরিদা, নানা অবতারং—অয়াম্বা অবতরশিংবু, অকরোৎ—তৌখি, কিন্তু—তৌইগুরম্সুং, স্বয়ং-শ্রীকৃষ্ণমক্তা, সমভবৎ—চংখোন্না পোকখি, তং-অদুগুম্বা, আদি পুরুষং—অহানবা পুরুষ ওইবা, গোবিন্দং—গোবিন্দবু, অহং—ঐনা, ভজামি—নিংঙি। ইতি ॥২১॥

---

অংশশিংনা থোগলৈ। অংশ খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণদা লাক্তুনা তিনলৈ ॥১১৪॥ মী--মীতুনা থংবা মশক্তা মা মানা মতুবু হায়রদা করিস্থু মিনম্বা নত্তে, পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ওইরি ॥১১৫॥ মবম অতুনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গোসাঞিনা কৃপানা। তৌরিবা অবতারশিংগী লীলাবু পুম্নমক্তা উহল্লি ॥ ১১৬ ॥ তৌবগুম্না নিত্যানন্দনা কৃপানা অনন্তনচিংববু ফোংতোকই। ঐনা চৈতন্যগী মনাইনি শ্রীনিত্যানন্দনা পুকচেন্দো হায়দোকই ॥১১৭॥ করি করিগুম্বদা ঐনা, গুরু-দাস সখা ওইদুনা নিংঙি। দ্বাপরদা ব্রজদা শ্রীবলরামনা পুকচেন অহুমসিনা শাম্লে ॥১১৮॥ যন শাদুনা কৃষ্ণগা কোক্তা কোক্তা থেংনদুনা মাইনৈ। করিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীবলরামগী থোং নোই ॥১১৯॥ অদুবু শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী ইবুংঙোনি ঐনা মনাইনি লেপ্পা থংঙি। শ্রীবলরামনা ঐসি শ্রীকৃষ্ণগী কলাগী কলানি নিংঙি ॥১২০॥

**অনুবাদ**ঃ।—শ্রীরামকৃষ্ণ অনিনা যণ শাদুনা খোংদুনা মহৈ মহৈ মাইনৈ। খোংদুনা জীবশিংবু মতৌ তমদুনা অচম্বা অঙাংগুম্না শামখি। ইতি ॥১৭॥

**অনুবাদ**ঃ—করিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণনা শারবনা মারবা গোপশী তমপাক্তা য়োন থাদুনা হিপলবা, ময়াম্বা শ্রীবলরামবু মখোং নোইদুনা লোংথাহল্লি। ইতি ॥১৮॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীবলদেবনা অসিগুম্বা যায়ানি কনাননো কদাইদগী লাকপনো, লাইনরা, মীনা তৌবরা, অমদি হিংচাবনরা, চংখোন্না ঐ থংলে। ঐগী ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানি ওইসনু. অতোপ্পা অমনা ঐমকপু সুমহৎপা ওইরোই। ইতি ॥১৯॥

**অনুবাদ** :—শ্রীবলদেবনা দুর্যোধনদা হে নিংথৌ! শ্রীকৃষ্ণগী অংশগী অংশনা ব্রহ্মা মহাদেব, বলদেব ঐমকসু, অমসুং শ্রীলক্ষ্মীসু অয়াম্বা জগৎ ডাকপা পুম্নমকনা, কিরীটিপা লোইনবা কোকনা পুবা, নিংনবা তীর্থ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীচরণগী উফুনবু কুইনা কোকথোংনা পুরি, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মরিদা নংগী নিংথৌগী আসন্না চাওথোকপনা করি তৌগনি? ইতি ॥২০॥

শ্রীকৃষ্ণ মতোমতনা মবুংঙোনি অতৈ মনাই ভাক্তনি। মানা অদুমনা শাহনবা জগোইবু অসুন্না মখোইনা শাবনি ॥১২১॥ অদুগুমনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মতোমতনা ঈশ্বরনি মবুংঙোনি। অতোপ্পা লোইনবা ময়াম্ অমদি কনানা চৈতন্যগী মনাইনি ॥১২২॥ মথক খোংবশিং নিত্যানন্দ অদ্বৈত আচার্য্য কোবা। শ্রীবাসনচিংবা অতোপ্পা ময়ামনা গুরু, দাস, সখা ॥১২৩॥ পুকচেনশি ওইদুনা পুমনমকনা শ্রীচৈতন্যগী লীলাবু তেংবাংই। ময়ামশি লোইনদুনা শ্রীগৌরাঙ্গনা অপাম্ববু

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০।৩২।২

তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥২২॥

**অন্বয়ঃ** ।—স্ময়মানমুখাম্বুজঃ—মোমোন নোকৃপা মাইথোং থম্বাক্সনা ফজবা, পীতাম্বর ধরঃ—মাফিগেমা শুক্ক য়েৎপা, স্রগ্বী—লৈ পরেং শিবা, বন-মালা শিবা, সাক্ষাৎ মন্মথ মন্মথঃ—সংসংনা কামগী কাম ওইবা, শৌরিঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, তাসাং—গোপীশিংগী, মধ্যে—মরক্তা, আবিরভূৎ—ফাওথবে। ইতি ॥২২॥

থুংই ॥১২৪॥ শ্রীঅদ্বৈত শ্রীনিত্যানন্দ অনিসি শ্রীগোরাঙ্গগী অংশনি। অনিসি লোইনদুনা গৌরাঙ্গনা অতুকী মখৈ মুংঙাই ॥১২৫॥ শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যাদি সংসংবা ঈশ্বররি। অদ্বৈতবু শ্রীগৌরাঙ্গনা গুরুনি নিংই অদ্বৈতনা ঐনা মনাইনি নিংই ॥১২৬॥ শ্রীঅদ্বৈতগী অরেপ্পা মতিক হায়বা ঙমদে। শ্রীকৃষ্ণবু পোকহল্লি মানা জগৎপু লালবিহল্লি ॥ ১২৭ ॥ মামাংদৈ ত্রেতদা শ্রীনিত্যানন্দনা শ্রীলক্ষ্মণ ওইরম্মী। হন্নবা মনাও ওইনা শ্রীরামগী সেবা তৌই ॥১২৮॥ শ্রীরামগী অয়াম্বা লীলাদো অরাবা ঙাক্তনি। শ্রীরামগী মনিংঙম্বা লীলাগী অয়াবদো লক্ষ্মণনা থাংই ॥১২৯॥ মনাওনিনা লক্ষ্মণনা থামজবসু ঙমজদে। শ্রীলক্ষ্মণনা রা ঙাংদনা অরাবা থাংদুনা লৈ ॥১৩০॥ শ্রীকৃষ্ণগী অবতারদদি মমাম্বা ওইদুনা পেনহল্লি। শ্রীবলরামনা শ্রীকৃষ্ণবু অয়াম্বা অপেনবা রসবু চাহল্লি ॥১৩১॥ শ্রীরাম লক্ষ্মণসি শ্রীরাম কৃষ্ণদগী ওইথোকপা অংশনি। ব্রজদা পোকপা কালদা রাম লক্ষ্মণনা লাক্তুনা শ্রীরাম কৃষ্ণদা তিল্লি ॥১৩২॥ অদুগুম্বা অংশদো অংশীদা ইমাম্বনি ইনাওনি অঙয়া ওইনৈ। শ্রীরাম কৃষ্ণনা অংশীনি, অয়াম্বা শ্রীরাম লক্ষ্মণচিংবনা অংশনি লাইরিক্তা হায়রি ॥১৩৩॥

**অনুবাদঃ** ।—মানা অথোইবা পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা হন্নবা কলাগী নিয়মনা, শ্রীরামনচিংবা মূর্ত্তিবিকিরণা লৌদুনা মরোল তরা মরিদা অয়াম্বা অবতার লৌথি। লৌইগুম্বসুং শ্রীকৃষ্ণমকনা চংথোরা পোকথি, অদুগুম্বা আদি পুরুষ শ্রীগোবিন্দবু ঐন নিংজরি। ইতি ॥২১॥

অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা চৈতন্যনি, শ্রীবলরামনা শ্রীনিত্যানন্দনি। শ্রীচৈতন্যগী অপাম্ববু শ্রীনিত্যানন্দন থুংহল্লি ॥১৩৪॥ শ্রীনিত্যানন্দগী মতিক্তি চাংজে নাইদবা সমুদ্রনি। মাগী কৃপাতনা মীদুনা মরিং অমত্তং শোকচবনি ॥১৩৫॥ অমদি শ্রীনিত্যানন্দগী কৃপাগী মতিক্তা অমা হায়গে তাবো। মর্তী অতোনবা জীববু শ্রীবৃন্দাবনবু, অরেপ্পবু ফংহল্লি ॥১৩ বেদনা থুপলবা য়ানি, হায়বদা মতিক চাদবা। অদু মাগী কৃপা ফোংদোকনবগীদমক্তা হায়জবি ॥১৩ নংগী থৌজান্না হরাওবনা খুদুমচন্দুনা ইজরিবসিদা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভু। ঐগী অপরাধ ঙাকপীযু ॥১৩৮ শ্রীনিত্যানন্দগী প্রেমনা তিল্লবা মনাই অমা লৈ শ্রীমীনকেতন রামদাস কৌই ॥১৩৯॥ শ্রীকৃষ্ণদা ঐগী যুমদা অহোরাত্রসংকীর্ত্তন তৌই। বার্ত্তন ফ দুনা মদুদা মীনকেতননা লাকই ॥১৪০॥ মানা মাবেশ ওইদুনা মাঙ্গোন্দা ফম্মী। বৈষ্ণবশিং মাগী চরনদা খুরুম্মী ॥১৪১॥

খুরুম্মীদৈদো মানা, কনাগী মথক্তা কাথহল্লি। প্রেম কনাদা বংশীনা কনাদা খুবাক্তা ফুই ॥১৪২॥ ম মীত্তা পী তাবদু পুম্মক্তা য়েংনিংই। অতৎপা চৈ তনা পী শিস্থবগী মরিবু উরি ॥১৪৩॥ করিব হকচাং মচি অমনা ক্রুচুংবদো উই। হকচাং অমদা লেংদে মাগী হকচাং অমনা নিকই ॥১৪ মতমদুদা শ্রীনিত্যানন্দ শোন্দুনা ওংই হুঙ্কার তৌ

মহু উবদা মী পুম্নমক্না য়াম্না ওকখরে ॥১৪৫॥ শ্রীগু-ণার্ণবমিশ্র কৌবা আর্য্য ব্রাহ্মণ অমা লৈ । শ্রীকৃষ্ণগী নাক্ত মা সেবা তৌদুনা লৈ ॥ ১৪৬ ॥ মাঙোন্দা লাক্লুনা খুরুমদে সম্ভাস তৌদে । মহু উবদা রাম দাসনা শাওনা হায়রকই ॥১৪৭॥ মসি অনিগুবা সুত শ্রীরোমহর্ষনি । মানা । মমাংঙৈদা শ্রীবলরাম উবদা খুরুমদে সম্ভাস তৌখিদে ॥ ১৪৮॥ অদুগুম্বনি হায়রগা জগোইদা ইশৈদা পেনখরে । শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌরি হায়না ব্রাহ্মণবু শাওদে ॥১৪৯॥ উৎসব লোইরবদা মানা থৌজানবিরে । ঐগী ইনাওগা শ্রীরামদাসগা থবা য়েৎনৈ ॥১৫০॥ ইনাওনা শ্রীচৈ-তন্যবু য়াম্না থাজনা নিংজে । শ্রীনিত্যানন্দবুনা ইনাওনা কয়া থাজফাত্তে ॥১৫১॥ মরোন্দু তাবদা রামদাসনা পুক্নিংদা রারে । মতুংদা ঐনা ইনাওদা চৈহৎলে রারক্লে ॥১৫২॥ মীনকেতন্না, শ্রীগৌরনিত্যাই মচিন্ন মনাওগী হকচাং অমতনি চপ মান্নে । মহুদা শ্রীনিত্যানন্দবু য়াব্রবদি নংগী পুম্নমক মাংগনি ॥১৫৩॥ অমবু থাজরগা অমবুনা লুনা তৌদ্রবদি অমাংবনি । নংগী মতৌসি অর্দ্ধকুক্কুটী ন্যায়না পুম্মাং মাংবগুম্বনি ॥১৫৪॥ অমদি শ্রীগৌরনিত্যাইবু য়াব্রবদি মা পা-বত্তিনি । অমবু নিংলগা অমবু নিংদ্রবা মতৌ মিনম্বনি ॥১৫৫॥ হায়দুনা শাওদুনা বংশী থুগাইবয়গা রামদাস চৎখরে । মতমহুদা ইনাওগী ফত্তবা পুম্নমক কোকখ্রে ॥১৬৬॥ শ্রীনিত্যাইগী সেবকী কৃপাগী মপাঙ্গলবু হায়রবত্নিনি । অত্তোপ্পা শ্রীনিত্যাইগী থৌজানগী মপাঙ্গলবু হায়গে ॥১৫৭॥ ঐনা মাগী গুণ লৌদুনা ইনাওবু হায়কপদা । পেনবীদুনা অহিংদুদা শ্রীনিত্যা-নন্দনা ঐঙোন্দা মংদা উৎলি ॥১৫৮॥ নৈহাটীগী মনাক ঝামপুর কৌবা খুন্দা ঐগী ইয়ুমনি । মংদা উৎলরীবা শ্রীনিত্যানন্দ ঐগী শ্রীগুরুদেববু ॥১৫৯॥ শ্রীচরণদা মকোক্না তানা ঐনা খুরুমজে । শ্রীচরণ ঐগী কোক্তা শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা শোকপিদুনা॥১৬-০ ঐঙোন্দা হয়া, হয়া থৌগৎলু, ২, হায়রবী । শ্রীগুরু মূর্ত্তিনি য়েংউ ইবুংঙোগী মশক্তো থৌগৎলগা উবদা ওকলে ॥ ১৬১ ॥ শ্রীগুরুগী মূর্ত্তি শংবায়রবা তাল্লবা কুহুলি অথোইবা হকচাংনি । সংসংবা কামনা অমদি মহা মঙ্গলনা পাঙ্গলবগুম্না ॥১৬২॥ থৌজান্দা পাঙ্গলবা, মপুম মরা মায়রবা থোং, খুৎ, মিৎ থম্বাম্না । ফিগে ফিডৌ, ফৈজোম, কোকথোন, নমথাং-ইমফি থোনবা ॥১৬৩ নাদা স্নাগী কুণ্ডোর নাম্বিন, স্নাগী খুজি থোনবা । শ্রীচরন্দা নূপুরনা মখোন থোকপা, ওক্তা লৈ পরেংনা থোনবা ॥১৬৪॥ হকচাংদা চন্দন থোনবা নিংখিনা চন্দন খিনবা । ময়াইকাবা শাম্বু ভমজবা প্রেম্না ময়াই কাহুনা খেকপা থোংথাংনি ॥ ১৬৫ ॥ খা কোটিবু ভমজবা মাইথোংনা লুনা হেল্লবা । পাম্না হাবগী তডাংবা য়াতোম্না কফোই মরুগুম্বা ॥ ১৬৬ ॥ ওই-য়েত্তা প্রেমনা ময়াহ কাদুনা হাইরবা । গুরুবা থোজেম্না কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি, শোল্লু হায়রবী ॥১৬৭ ॥ ময়াইকাবা শামুগুম্না থুত্তা অডাংবা চৈনা হাইরি । শ্রীচরণগী মাইকৈ মরিদা থোইমুনা কোইবা ॥১৬৮ অয়াম্বা গোপগী ফিজেৎ শেৎপা পারিষাদশিংস্থু কোইনা উরে । প্রেমাবেশ ওইদুনা কপ্পী ময়াম্না কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লি ॥ ১৬৯ ॥ কনানা বংশী খোংই কনানা জগোই শাই ঈশৈ শকই । সেবক্না পাম্না থৌগল্লি, চামর থৌগল্লি ॥১৭০॥ ঐগী গুরুনিত্যা-নন্দগী শক্তী মতিক্তো য়েংজবদা । শক্, গুণ, লীলা পুম্নমকসি করিনো ওইথোক্তবনি ॥ ১৭১ ॥ উবদা ঙুংঙাইবনা ঙাওরে ঐনা করিস্থু থৎদনা লৈরে । শ্রীগুরুদেবনিত্যানন্দনা ঐঙোন্দা নোক্লুনা হায় ॥১৭২॥ অয়ে হে কৃষ্ণদাস কিরগনু ঐগী য়াথংদগী । শ্রীবৃন্দাবন চৎলো মহুদা পুম্নমক ফংলগনি ॥১৭৩॥ মাও চৎসি হায়দুনা ঐগী খুৎ পায়দুনা চিংবীরগা য়াংখরে । প্রভুনা মনাইশিং লোয়ননা উখিদরে ॥১৭৪॥ অদুগী ঐসি হায়দুনা পৃথিবীদা তাক্লে ।

মংলোইবা জ্ঞান তারকপদা ন্মোংঙানল্লমল্লে। ৎৌগৎ-তুনা ॥১৭৫॥ করিনো উবা, তাবরা করিনো ঐনা থল্লি। প্রভু! শ্রীগুরুনা শ্রীবৃন্দাবন চৎলো হায়না য়াথং পীবিরে ॥ ১৭৬ ॥ কৃপাদগী থুদক অহুমতন্দা শ্রীবৃন্দাবন যাত্রা তৌরে। শ্রীগুরুগী কৃপাদগী মুং-ঙাইনা শ্রীবৃন্দাবনদা লাক্লে ॥১৭৭॥ শ্রীনিত্যানন্দা-ওইবা, নিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে শ্রীগুরু-দেবগী কৃপাদগী শ্রীবৃন্দাবন ফংজরে ॥১৭৮॥ শ্রীনিত্যা-নন্দবু হন্না হন্না খৌজানগী মশকপু হন্না, ২ খুরুমজে। মতুদগী শ্রীরূপ সনাতন্দা চংজববু ফংজরে ॥১৭৯॥ কৃপাদগী মত্তিক চাওরবা শ্রীরঘুনাথবু ফংজরে। কৃপাদগী শ্রীরূপতা আশ্রয় ফংজরে ॥১৮০॥ শ্রীসনা-তনগী কৃপাদগী ভক্তিগী অরেপ্পবু ফংজরে। শ্রীরূপকী কৃপাদগী ভক্তিরসগী ভমথৈ ফংজরে ॥ ১৮১ ॥ শ্রীনিত্যানন্দগী চরণ থম্বালবু হন্না খুরুমজে। শ্রীগুরু-গী কৃপাদগী শ্রীরাধা গোবিন্দবু সেবা ফংজরে ॥১৮২ অতুগুম্বা জগাই-মাধাইদগী হেন্না পাপ চেনবা ঐনি। অতুগুম্বা বিষ্ঠাগী তিল্লগী হেন্না তোল্লবা ঐনি ॥১৮৩॥ মীতুনা, ঐগী ইমিং তাবদা মাগী পুম্নবু মাংলবনি। ঐগী মিং পনবদা মীতুনা, মাগী পাপ ওইববনি ॥১৮৪ অমুনা হল্লোইবা ঐঙোন্দা কনানা কৃপা তৌগবা। জগৎকী মনুংদা কনা অমত্তা লৈতে ॥ ১৮৫॥ শ্রীনি-ত্যানন্দ মতোমতনা চানবীবনি। কৃপানা পোল্ল-রবদা শ্রীনিত্যানন্দনা প্রেমদা মরাই কাতুনা ॥১৮৬॥ অতোনবা অথোইবা বিচার থজিক্তা তৌদনা। শ্রীনিত্যানন্দনা, মাংদা তাবা মাবু, হেক্তা লানবি ॥১৮৭॥ মরমতুনা লমচৎ ফত্রবা ঐবুস্থু শ্রীনিত্যানন্দনা লানবিরি। পাপ চেনবা ঐবু শ্রীবৃন্দাবন্দা পুবিরক্লি ॥১৮৮॥ শ্রীমদনগোপাল শ্রীগোবিন্দবু উবা ফংহল্লি। হায়রিবা পুম্নমকসি হায়গদবদা মতিক ওক্তে ॥১৮৯॥ শ্রীবৃন্দাবনগী মপু শ্রীমদনগোপাল কৌবা। রাস শান্নবা সংলেংবা শ্রীনন্দগী মচানা ॥১৯০॥ শ্রীরাধা ললিতা লোইনতুনা বাসগী রসবু শান্নবা। মহাকী মশক্তা কামগী কাম ওইনা ফজবা ॥১৯১॥

**অনুবাদঃ**।— মোমোন নোকপা মাইথোং থম্বান্না ফজবা স্না ফিগেনা ডক্তা ন্নেংপা, লৈ পরেং শিবা সংসংবা কামগী কাম ওইবা, শ্রীকৃষ্ণনা গোপী শিংগী মবক্তা ফাওথরে। ইতি ॥ ২২ ॥

মাগী মাধুর্য্যনা জগৎকী পুক্নিংবু হুতুনা চিংডিবা। ওই-ন্নেত্তা শ্রীরাধাললিতানা সেবা থৌগনবা ॥১৯২॥ শ্রীকৃষ্ণবু ঐঙোন্দা শ্রীনিত্যানন্দনা উহল্লি। শ্রীরাধা-মদনমোহন্দো শ্রীনিত্যানন্দনা ঐঙোন্দা পীবি ॥১৯৩॥ শ্রীগোবিন্দবু অতোনবা ঐঙোন্দা দরশন পীবি হায়রফদবা রাবু হায়বা হৌনদে অতুবু কৃপানা হায়-জরি ॥১৯৪॥ শ্রীবৃন্দাবন্দা কল্পবৃক্ষগী মথাংদা যোগ-পীঠ লৈ। মতুদা রত্নমাণ্ডপ মনুংদা রত্নসিংহাসন লৈ মতুদা শ্রীব্রজনিংথৌগী মচা শ্রীগোবিন্দনা ফমতুনা লৈ। মীপুক হুববু ফোংদোকতুনা জগৎপু শুম-হৎলি ॥১৯৬॥ সখীশিংগা লোইনতুনা শ্রীরাধানা ওইবোইননা থৌগনবা। শ্রীকৃষ্ণনা রাসনচিংবা লীলাবু কয়ামকম মুংঙাইনা শান্নবা ॥১৯৭॥ শ্রীকৃষ্ণবু ব্রহ্মানা ব্রহ্মলোক্তা লৈতুনা মাগী ভক্তিনা নিংই। ময়েক তরানিপাল শুবা মন্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণবু থোগল্লি ॥১৯৮॥

ক্লীঁ কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায়স্বাহা ॥ইতি॥
দীক্ষা মন্ত্র অসিবু শুদ্ধ ভক্তি কৌই

শুদ্ধ ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু উপাসনা তৌগনি। ইতি মন্ত্র অসিনা মরেন তরামরিদা লৈবা পুম্নমক্তা শ্রীকৃ-ষ্ণবু নিংই। বৈকুণ্ঠনচিংবা মফম খুদিংদা লৈবনা কৃষ্ণগী মন্ত্র, নাম, গুণ, লীলানচিংববু শক শোল্লি ॥১৯৯॥ মাগী মীপুক হুবা গুম্না শ্রীলক্ষ্মীগী পুক্নিং হুতুনা চিংডি। শ্রীরূপনা অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী রূপতো হায়রতুনা লৈ ॥২০০॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ সাধন ভক্তিলহর্য্যাং পূর্ববিভাগে ১১১ শ্লোকেঃ—

**স্মেরাং ভঙ্গীত্রয়পরিচিতাং সাচিবিস্তীর্ণদৃষ্টিং বংশীন্যস্তাধরকিশলয়ামুজ্জ্বলাং চন্দ্রকেণ।**
**গোবিন্দাখ্যাং হরিতনুমিতঃ কেশিতীর্থোপকণ্ঠে মা প্রেক্ষিষ্ঠাস্তব যদি সখে বন্ধুসঙ্গেঽস্তি রঙ্গঃ ॥২৩॥**

**অন্বয়ঃ** ।—হে সখে—হে মরুপ মপাং পুম্নমক, বন্ধুসঙ্গে—নচানচিংবা মরূপমপাং লোইননা লৈবা, তহি—মতম অহুদা, তব—নংগী, রঙ্গঃ—হরাওবা অপাম্বা, অস্তি—লৈরবদি, ইতঃ—মসিদগী, কেশিতীর্থোপকণ্ঠে—কেশিতীর্থগী মনাক্তা, ভঙ্গীত্রয়পরিচিতাং—ভক-খুউ-খ্বাং মথেক অহুম থোইবা, সাচিবিস্তীর্ণদৃষ্টিং—থেক্না থোয়না য়েংবা, বংশীন্যস্তাধরকিশলয়াম্—অনৌবা উনাশুম্না থোৎলবা চিনবান্দা বংশী থোংবা, চন্দ্রকেণ-ম্রাহোং মতুনা, উজ্জ্বলাং—নিংথিনা কোক্তা থোনবা, গোবিন্দাখ্যাং—শ্রীগোবিন্দ কৌবা, হরিতনুং—শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু, মাপ্রেক্ষিষ্ঠাঃ—য়েংলুগনু। ইতি ॥২৩॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীরূপনা—হে মরূপশা নথোই নচা নশু মরুপ মপাং লোইনহুনা লৈবা মতমদা হরাওবা অপাম্বা লৈববদি। মসিদগী কেশি তীর্থগী মপান্দা মোমোন নোকপা, ভক, খুউ, খ্বাং মথেক অহুম থোইবা। থেক্না থোইনা য়েংবা, অনৌবা উনা শুমনা থোৎলবা চিনবান্দা বংশী থোংবা, ম্রাহোংমতু না নিংথিনা কোক্তাথোনবা। শ্রীগোবিন্দ কৌবা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তিবু য়েংলুগনু। ইতি ॥২৩॥

মসিনা সংসংনা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি, অতোপ্পা নত্তে। মীহুনা খংদনা মাবু অশাবনি হায়না খন্তোক-লবা ॥২০১॥ অহুগুম্বা অপরাধ অহুনা মীদো লাল্লরোই। করি অমুক হায়নি মীহু অমম্বা নোরো-ক্তা তানি ॥২০২॥ শ্রীনিত্যানন্দগী কৃপাদগী অসিগুম্বা শ্রীগোবিন্দবু ফংজে। শ্রীনিত্যানন্দগী চরণগী কৃপাবু কনানা হায়বা ঙমগনি ॥২০৩॥ শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈবা অয়াম্বা বৈষ্ণবকী মপৈবু। য়াম্না মঙ্গল ওইরবা শ্রীকৃষ্ণগী নামতা শোল্লবা ॥২০৪॥ শ্রীগৌরনিত্যাইনা মথোইগী প্রান ধন ওইবা। শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ভক্তি নত্তুনা অতোপ্পাথংদবা ॥২০৫॥ অসিগুম্বা বৈষ্ণব-শিংগী পদরেণুবু মাগী পদছায়াবু। শ্রীনিত্যানন্দনা থৌজানবীহুনা অতোনবা ঐ.ডান্দা পীবিরে ॥২০৬॥ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুগী য়াথংদগী পুম্নমক ফংজরী। থৌজানবীবা মরমদো সুত্র ওইনা হায়জরবনি ॥২০৭॥ শ্রীবৃন্দাবন্দা লাক্নুনা পুম্নমকপু ঐনা ফংজবা। পুম্নমক্ ঐনা ফংজরিবসি শ্রীনিত্যানন্দগী থৌজান্ননি ॥২০৮॥ ইকাইদবা ওইনা ইতোমতগী য়াবু ইজরি। শ্রীনিত্যানন্দগী কৃপাগী মবম ইবদা মম্লাইকাথরে ॥২০৯॥ শ্রীনিত্যানন্দগী মতিক মগুণগী চাংজৌ নাইদে। শ্রীঅনন্তনা চিন লিশিং অমনা হায়বদা লোমদ্রবনি ॥২১০॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥২১১॥

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত আদি খণ্ডদা শ্রীনিত্যানন্দগী তত্ত্ব অরেপ্পা হায়বা মঙাশুবা পরিচ্ছেদনি।

# ষষ্ঠ পরিচ্ছেদ

বন্দে তং শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্য মদ্ভুতচেষ্টিতম্। যস্য প্রসাদাদজ্ঞোঽপি তৎস্বরূপং নিরূপয়েৎ ॥১॥

শ্রীস্বরূপগোস্বামিকড়চায়াং শ্লোকদ্বয়ম্ ঃ—

মহাবিষ্ণুর্জগৎকর্ত্তা মায়য়া যঃ সৃজত্যদঃ। তস্যাবতার এবায়মদ্বৈতাচার্য্যং ঈশ্বরঃ ॥২॥

অদ্বৈতং হরিণাদ্বৈতাদাচার্য্যং ভক্তিশংসনাৎ। ভক্তাবতারমীশং তমদ্বৈতাচার্য্যমাশ্রয়ে ॥৩॥

অন্বয়ঃ।—অদ্ভুতচেষ্টিতং—অঙকপা তৌবা, তং—অদুগুম্বা, শ্রীমদদ্বৈতাচার্য্যং—ভক্তিগী মশক অদ্বৈত আচার্য্যবু, বন্দে—ঐনা খুরুম্মী, যস্য—মাগী, প্রসাদাৎ—থৌজান্দগী, অজ্ঞঃ—অপংবা, অপি—ওইত্নমকপু, তৎস্বরূপং—শ্রীঅদ্বৈতগী অরেপ্পা মশকপু, নিরূপয়েৎ—লেপ্পা হায়গদবা ওই। ইতি ॥১॥

অনুবাদঃ।- অঙকপা তৌবা অদুগুম্বা ভক্তিগী মশক ওইবা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যবু ঐনা খুরুম্মী। মাগী থৌজান্দগী অপংবা ওইনা মকপু অদ্বৈতগী অরেপ্পা মশকপু লেপ্পা হায়গদবা ওই। ইতি ॥১॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য থৌজালগী মশকপু হন্না হন্না খুরুমজে। শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে শ্রীঅদ্বৈত মহাশয়বু খুরুমজে ॥১॥ শ্লোক মঙানা নিত্যানন্দগী অরেপ্পবু হায়রে। শ্লোক অনিনা শ্রীঅদ্বৈতগী মতিকপু হায়রি ॥২॥

( ২।৩, শ্লোকী আঃ-পঃ ১।১২।১৩ গুবদা য়েংউ )

শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য গোসাঞিদি সংসংনা ঈশ্বরনি। মহাক্কী অচৌবা মতিক্কো জীবগী মশাদা ওইরোই ॥৩॥ জগৎ শেম্বা অহানবা অবতার শ্রীমহাবিষ্ণু কৌবা। সংসংনা মাগী অংশনা পোকপা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যনি ॥৪॥ মায়ানা থোং ওইদুনা সৃষ্টি স্থিতি তৌবা অদুগুম্বা প্রথম পুরুষনা। ইমা য়াদনা অয়াম্বা ব্রহ্মাণ্ডবু শেমতোকই ॥৫॥ প্রথম পুরুষনা য়াথলদগী মূর্ত্তি ময়াম কোংদোকই। মূর্ত্তি অমমমনা ব্রহ্মাণ্ড অমমমদা চংদুনা লৈ ॥৬॥ অদুগুম্বা মহাবিষ্ণুগী অংশ অদ্বৈতনি করি অমত্তা তোঙান্দে। শ্রীঅদ্বৈতগী থোইদোকপা হকচাংদো মহাবিষ্ণুগা অমত্তনি ॥৭॥ তেংবাংবী মায়া লোইনদুনা শ্রীমহাবিষ্ণুনা। নিংঙকপা য়াথন্দগী কোটি ব্রহ্মাণ্ডশিংবু শেম্মী ॥৮॥ অদ্বৈতনা জগৎকী মঙ্গলনি, মঙ্গল ওইবা গুণগী লৈকমনি। মানা তত্তনা মঙ্গলবু তৌই অদুনা মঙ্গল কৌই ॥৯॥ কোটি অংশ, কোটি শক্তি, কোটি অবতারশিং। খিবিকসি লোইনদুনা পুরুষনা সংসার পুরুমক শেম্মী ॥১০॥ অদুম্না, উপদান্ নিমিত্ত, অনিসি মায়াগী অংশনি। উপাদান মায়ানা পোকফমনি, নিমিত্ত মায়ানা পোকপনি ॥১১॥ প্রথম পুরুষ ঈশ্বরনা অদুমনা মশক অনিথোকই। মানা নিমিত্ত উপাদান অনিসি লৌদুনা সংসারবু শেম্মী ॥১২॥ প্রথম পুরুষনা জগৎ সংসারবু পোকপনি। শ্রীঅদ্বৈতগী মশক ওইবা শ্রীনারায়ণনা পোকফমনি ॥১৩॥ নিমিত্তাংশ ওইবা মানা মায়াদা য়েংবী। শ্রীঅদ্বৈত ওইবা উপাদান মানা ব্রহ্মাণ্ড শেম্মী ॥১৪॥ তৌইগুম্বসুং সাংখ্যনা মায়ানা জগৎ শেম্মী হায়বদো। ফকচনবদগী করিগুম্বদা জগৎ শেম্বা ঙমদে ॥১৫॥ মায়াদেবীদা পুরুষনা মাগী শেম্বা ঙম্ববু ওইহল্লি। পুরুষনা ঙমহলবদগী মতমদুদা মায়ানা শেম্বনি। ১৬। অদ্বৈত ওইবা পুরুষনা শেম্বা ঙমহনবা মরম্মা। পুরুষনা ওইবা অদ্বৈতনা সংসারগী মরূ ওইবা পোকফমনি ॥১৭॥ শ্রীঅদ্বৈতনা কোটি ব্রহ্মাণ্ডগী শেম্বা মপুনি। অমদি ব্রহ্মাণ্ড অমমমদা মূর্ত্তি অমমমনা মপু ওই ॥১৮॥

শ্রীমদ্ভাগবতে । ১০ । ১৪ । ১৪ শ্লোকঃ—

**নারায়ণস্ত্বং ন হি সর্ব্বদেহিনামাত্মাস্যধীশাখিললোকসাক্ষী।**
**নারায়ণোঽঙ্গং নরভূজলায়নাত্তচ্চাপি সত্যং ন তবৈব মায়া॥ ৪ ॥**

অদুগুম্বা শ্রীনারায়ণগী মরু ওইবা অঙ্গ, অদ্বৈতনি। অঙ্গদি অংশনি শ্রীভাগবত্তা হায়রী॥১৯॥

**( ৪ শ্লোক্কী আঃ পঃ ২ । ৯ শুবদা য়েংউ )**

ঈশ্বরগী অঙ্গ = অংশদি চিৎ আনন্দগী মশক্তি। অদুনা মায়াগা মরি লৈতে শ্লোক অসিনা হায়রি॥২০॥ অংশ হায়দনা মাবু করিগী অঙ্গ হায়রিবনো। অংশগী মনুং চনবদগী মাবু অঙ্গ হায়বনি॥২১। মহাবিষ্ণুগী অংশনি শ্রীঅদ্বৈতনা গুণগী লৈফমনি। ঈশ্বরদগী তোঙান্দবদগী চংথোন্না অদ্বৈত কৌই॥২২॥ মমাংদৈদা জগৎ পুম্নমকপু শেমখিবগুম্না। ঈশ্বনা পোকলরগা কলিদা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিবু হৌদোক্তুনা য়েল্লি॥২৩॥ শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তি পীদুনা জীবশিংবু অদ্বৈতনা লানবিরি। শ্রীভাগবত্তা গীতাদা ভক্তিগী মশক তাকপা॥২৪॥ ভক্তিবু জীবদা লৈহল্লি মানা ভক্তি নত্তনা অমা তৌদে। ভক্তিবু তাকপদগী অদ্বৈতবু আচার্য্য কৌই॥২৫॥ জগৎকী মপুনি অদ্বৈতনা বৈষ্ণবশিংগী গুরুনি। অদ্বৈতনে-আচার্য্যনে অনিনা তিন্দুনা অদ্বৈতাচার্য্য কৌই॥২৬॥ কমল নয়নগী অঙ্গ অংশনা ওইরবা মানা। পোকলরবদা মমিং কমলাক্ষ হায়না কৌই॥২৭॥ ঈশ্বরগী মশক মানবা মূর্ত্তি ফংলবা পরিবাদশিংনা। ফিগে শেংপা পান্দোম মরি পানবা ওইহলবা শ্রীনারায়ন্দো॥২৮॥ অদুগী অথোয়বা অংশনা পোকপা অদ্বৈতাচার্য্যনি। শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্ব গুণ নাম পুম্নমক অঙকপনি॥২৯॥ শ্রীঅদ্বৈতগী জলতুলসী কৎতুনা হুঙ্কার তৌরকপদা। শ্রীচৈতন্যগী ওইবা পুম্নমক লোইনদুনা পোকপনি॥৩০॥ শ্রীঅদ্বৈতনা থোং ওইদুনা চৈতন্যনা সঙ্কীর্ত্তণবু য়েনবনি। অদ্বৈতনা মরম ওইদুনা প্রভুনা জগৎ লানবিবনি॥৩১॥ শ্রীঅদ্বৈত গোসাঞিগী মতিক মগুণ ঙমথৈ নাইদে। জীব ওইবা তৌল ঐনা কদাইদগী মাগী ঙমথৈ ফংগবা॥৩২॥ ফংদে অদ্বৈতনা চৈতন্যগী মরুওইবা অংশ অমনি। চৈতন্যগী অতোপ্পা অঙ্গ অমনা প্রভু নিত্যানন্দনি॥৩৩॥ শ্রীচৈতন্যগী অংশগী অংশনা ওইবা শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংনা। শ্রীচৈতন্যগী খুৎমাই--মিৎ--হকচাং--চক্রনচিংবা খুংলাইগুম্বা॥৩৪॥ মথোয় পুম্নমকসি লোইনদুনা চৈতন্য প্রভুগী লীলা শান্নে। মথোয় পুম্নমকসি লোইনদুনা প্রভুনা অপাম্ববু য়েঙ্খোকই।৩৫। মতমসিদা অদ্বৈতবু শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী মন্ত্রশিষানি খন্দুনা। শ্রীচৈতন্যনা অদ্বৈতবু গুরুমকনি নিংঙি।৩৬। মীগী মপোক্কা পোক্করবনা হৌনবী ধর্ম্ম ঙাকতুনা। শ্রীচৈতন্যনা অদ্বৈতগী চরন্দা খুকুম্মী হায়জৈ॥৩৭॥ শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীচৈতন্যবু ঐগী ইবুংঙোনি নিংঙি। ঐনা চৈতন্যগী মনাইনি হায়না নিংঙি॥৩৮। ঐনা মনাইনি খন্দুনা মুংঙাইবনা মশা কাওরে। জীব পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ওইযু তাকলি॥৩৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি নিংবগী অদুগুম্বা মুংঙাইবদো সমুদ্রনি। ব্রহ্মজ্ঞানী কোটিগী মুংঙাইবদো ভক্তিগী মরিক অমা ফংদে॥৪০॥ ঐনা অমদি নিত্যানন্দনা চৈতন্যগী মনাইনি। অতোপ্পগী মুংঙাইবদগী দাস ভাবনা হেন্না মুংঙাই॥৪১॥ শ্রীনারায়ণগী থম্মোইদা থোগল্লবী শ্রীলক্ষ্মীনা দাস ভাবনা হেনবনা। মানা দাসিগী মুংঙাইবদো শ্রীকৃষ্ণদা নোলুক্না নিজরি॥৪২॥ শ্রীকৃষ্ণগী পারিষাদশিংনা মনাইনি নিংবনা হেন্না মুংঙাইরি। ব্রহ্মা-মহাদেব-নারদ অমদি শুক-সনকনচিংবা॥৪৩॥ পুম্নমক্তগী থোইদোক্লবা অবধুত শ্রীনিত্যানন্দনা। শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি মুংশিবনা ঙাওনরি॥৪৪॥ শ্রীবাস্ হরিদাস-রামদাস-শ্রীগদাধর। মুরারি মুকুন্দ চন্দ্র-

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে :—১০ম স্কন্ধে ৪৭ অঃ ৫৯ শ্লোকে :—

মনসোবৃত্তয়ো নঃ স্যুঃ কৃষ্ণপাদাম্বুজাশ্রয়াঃ। বাচোহভিধায়িনীর্নাম্নাং কায়স্তৎ প্রহ্বণাদিষু ॥৫॥
কর্ম্মভির্ভ্রাম্যমাণানাং যত্র কাপীশ্বরেচ্ছয়া। মঙ্গলাচরিতৈর্দানৈ রতির্নঃ কৃষ্ণ ঈশ্বরে ॥৬॥

**অন্বয়ঃ**।—নঃ—ঐখোয়গী, মনসঃ—পুক্কিংগী, বৃত্তয়ঃ—নিংবনচিংবা থিবিক্তনা, কৃষ্ণ পাদাম্বুজা শ্রয়াঃ স্যুঃ শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দা চংজব ওইবসনু, বাচঃ—রাহৈ থিবিকনা, নাম্নাং—শ্রীকৃষ্ণগী নাম থিবিক্তী, অভিধায়িনীঃ—শোনজবা ওইসনু, কায়ঃ—হকচাংনা, তৎ প্রহ্বনাদিষু—শ্রীকৃষ্ণগী খুরুম্বনচিংবদা ওইসনু। ইতি ॥৫॥

**অন্বয়ঃ**।—ঈশ্বরেচ্ছয়া—ঈশ্বরগী রাথম্না, কর্ম্মভিঃ—তৌজবা কর্ম্মথিবিক্লা, যত্রকাপি—করিগুম্বা মপোক্তা ভ্রাম্যমাণানাং—জীবগী মপোক থিবিক্তা হন্না হন্না পোক্কুনা, ন—ঐখোয়গী, মঙ্গলাচরিতৈঃ—অফবা লমচৎ থিবিকনা, ঈশ্বরে—মপুওইবা, কৃষ্ণে—শ্রীকৃষ্ণদা, দানৈঃ—পীবা থিবিক্লা, রতিঃ—অপাম্বা ভক্তিনা, অস্তু—ওইসনু। ইতি ॥৬॥

শেখর বক্রেশ্বর ॥৪৫॥ অয়াম্বা হায়রিবা মত্তিক চাওরবা পণ্ডিতশিংসিনা। শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি নিংবদা মন্নাই কারি ॥৪৬॥ মতৌ অম্মুম্না অদ্বৈতনা শকুই, জগোই শাই, খেক্লা নোকই। জগত্তা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী মনাই ওইযু জগত্তা তাকলি ॥৪৭॥ শ্রীচৈতন্যনা অদ্বৈত ঐবু গুরুনি হায়না নিংডি। অহবু ঐনা চৈতন্যগী মনাইনি হায়না নিংডি ॥৪৮॥ অসিগুম্বা কৃষ্ণগী প্রেমগী অঙকপা মত্তিক্তো য়েংউ। শ্রীকৃষ্ণগী মথক থোংবা, মরূপ, মনাই থিবিকসি মনাইনি ॥৪৯॥ হায়বসিগী শ্রীভাগবত্তা তশেংনা থংনবা লাওরি। মতুতনা অংবোইবা থংনবগী অচেংপা প্রমাম্নি ॥৫০॥ অতৈ করি হায়গনি ব্রজদা শ্রীনন্দনিংথৌ মহাশয়না। মাগা মানবা শ্রীকৃষ্ণগী গুরু অতৈ কনা লৈতে ॥৫১॥ শ্রীনন্দনা কৃষ্ণবু মচানি শেংনা মুংশি ঈশ্বরনি নিংদে। শ্রীনন্দমক্তা মনাইগী মতুং ইন্না কৃষ্ণবু মুংশিরি। ৫২॥ মতুদি নন্দনা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা মুংশিজগে নিরি। রাহৈ অতুনা নন্দনা কৃষ্ণগী মনাই ওইবগী প্রমাম্নি ॥৫৩॥ শ্রীনন্দনা, তাও উদ্ধব শ্রীকৃষ্ণদো সত্য ঐগী ইচানি। ইত্তাবু মতম্মদো অতুম্না নংগী পুক্কিংনা ঈশ্বরনি নিংবা ॥৫৪॥ অতুম্নমকপু ইচানি ঐগী পুক্কিংনা নিংজবসনু। নংগী ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণদা ঐগী পুক্কিংনা মাগীদমক মুংশিজগে ॥৫৫॥

**অনুবাদ**:—শ্রীনন্দনা—ঐখোয়গী পুক্কিংগী নিংবনচিংবা থিবিক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দা চংজবা ওইরসনু। রাহৈথিবিক্লা শ্রীকৃষ্ণগী নাম থিবিক্তী শোঙ্গবা ওইসনু, হকচাংনা শ্রীকৃষ্ণগী খুরুম্বনচিংবদা ওইসনু। ইতি ॥৫॥

**অনুবাদ**:।— ঈশ্বরগী রাথম্না তৌজবা কর্ম্ম থিবিক্লা করিগুম্বা মপোক্তা, জীবগী মপোক থিবিক্তা হন্না হন্না পোক্কুনা লৈবা। ঐখোয়গী অফবা লমচৎ থিবিক্লা মপুওইবা শ্রীকৃষ্ণদা পীবা থিবিক্তনা অপাম্বা ভক্তিনা ওইসনু। ইতি ॥৬॥

ব্রজদা লৈবা অয়াম্বা শ্রীদামনচিংবা সখাগী মীপেনা শ্রীকৃষ্ণবু তৌবা ভম্বা ঈশ্বরনি খন্দবা অশেংবা ইতাও-নি নিংবনা ॥৫৬॥ শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নন সখাশিংনা খুংনৈ লেম্মান্দা তোংখংলি। অহবু মপোক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি মিংক্কুনা চরণগী সেবা তৌই ॥৫৭॥

তথাহি—তত্রৈব শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কন্ধে ১৫ অঃ ১৫ শ্লোকঃ :—

**পাদসম্বাহনং চক্রুঃ কেচিত্তস্য মহাত্মনঃ। অপরে হতপাপ্মানো ব্যজনৈঃ সমবীজয়ন্ ॥৭॥**

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৩১ অঃ ৬—

**ব্রজজনার্ত্তিহন্ বীর যোষিতাং নিজজনস্ময়ধ্বংসনস্মিত।**
**ভজ সখে ভবৎকিঙ্করীঃ স্ম নো জলরুহাননং চারু দর্শয় ॥৮॥**

তত্রৈব— ৪৭ অঃ ১৯ শ্লোকঃ :—

**অপিবত মধুপুর্য্যামার্য্যপুত্রোঽধুনাস্তে স্মরতি স পিতৃগেহান্ সৌম্য বন্ধুংশ্চ গোপান্।**
**ক্বচিদপি স কথাং নঃ কিঙ্করীণাং গৃণীতে ভুজমগুরুসুগন্ধং মূর্দ্ধ্ন্যধাস্যৎ কদা নু ॥৯॥**

**অন্বয়**।—কেচিৎ—কনাগুম্বা, মহাত্মনঃ—লাইবক ফরবা গোপ অঙাংশিংনা, তস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, পাদ-সম্বাহনং—খোং নোইববু, চক্রুঃ—তৌখি, হতপাপ্মানঃ—পাপচেন্দবা, অপরে—মতোপ্পা গোপসখাশিংনা, ব্যজনৈঃ—হুমাই খিবিক্না, সমবীজয়ন্—হুমহুনা থোগনখি। ইতি ॥৭॥

**অন্বয়ঃ**।—ব্রজ জনার্ত্তিহন্—হে ব্রজবাসিশিংগী অয়াবা মাংহল্লবা, বীর—হে বীর হে অকায়বা, নিজজন স্ময় ধ্বংসনস্মিত—মিনোক ফজবনা নংগী ওইবশিংগী নাপন মাংহলবা, সখে—হে সখে, স্ম—লেপনা, ভবৎ কিঙ্করীঃ—ননাই ওইবী, নঃ—ঐখোয় থিবিকপু, ভজ—নিংবিযু, চারু—নিংথি রবা, জলরুহাননং—মাইথোং থম্বালবু, যোষিতাং—থৌগনজবিবী ঐখোয় থিবিকপু, দর্শয়—উহনবীয়ু। ইতি ॥৮॥

**অন্বয়ঃ**।—আর্য্যপুত্র—শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা, অধুনা—হৌজিক অসিদা, মধুপুর্য্যাং—মধুপুরদা, আস্তে—লৈরিবদো, অপি—অমসুং, বত—ওষ্ঠোকপনি সৌম্য—হে সাধু, স—মানা শ্রীকৃষ্ণনা, পিতৃগেহান্ মপাগী যুমবু, বন্ধূন্—মরুপশিংবু, গোপান্ চ—গোপশিংবুসু, স্মরতি—নিংশিংবা, স—শ্রীকৃষ্ণ মানা, কিঙ্করীণাং—মনাই ওইবী, নঃ—ঐখোযগী, কথাম্—ইপাওবু—য়াবু, ক্বচিদপি—করিগুম্বদা, গৃনী, তে—পনবিরকপরা, অগরু সুগন্ধি—অগরুগুম্না মনম নুংশিবা, ভুজং—পাম্বোবু, কদানু—কবিগুম্বদা, মূর্দ্ধ্নি—কোক্তা অধাস্যৎ—হাপ্পীরক্কদববা। ইতি ॥৯॥

**অনুবাদ**:—কনাগুম্বা লাইবক ফরবা গোপ অঙাংশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পাদ সম্বাহনবু—খোং নোইববু তৌখি। পাপ চেন্দবা অতোপ্পা গোপ সখাশিংনা হুমাই খিবিকনা হুমহুনা থোগনখি। ইতি ॥৭॥

ব্রজদা লৈবা অয়াম্বী শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবী গোপীশিংনি। ভক্ত উদ্ধবনা মথোইগী থুমাগী উফুনবু নিরি ॥৫৮॥ মথোয়দগী হেনবা শ্রীকৃষ্ণগী চানবী অতোপ্পা লৈতে। মথোয় মশামক্তা মনাই সুপানি নিংঙ্গৈ ॥৫৯॥

**অনুবাদঃ**।—গোপীশিংনা হে ব্রজবাসিশিংগী অয়াবা মাংহলবা, হে অকায়বা! মিনোক ফজবনা নংগী ওইবশিংগী নাপল মাংহনবা, হে সখে! লেপ্পা ননাই ওইবী ঐখোয় থিবিকপু উহনবীয়ু। ইতি ॥৮॥

**অনুবাদ**:—শ্রীরাধানা—হে সাধু! শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা হৌজিক অসিদা মধুপুরদা লৈরিবদো করম তৌরি। অমসুং ওষ্ঠোকপনি, শ্রীকৃষ্ণনা মপাগী যুমসু অমসুং মরুপশিংবু নিংশিংববা অতুপা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই ওইবী ঐখোয়গী ইয়াবু করিগুম্বদা পনবীরকপরা, অগরুগুম্না মনম নুংশিবা পাম্বোনু করিগুম্বদা ইকোক্তা হাপ্পীরকদবরা। ইতি ॥৯॥

রাধাঠাকুরশিংগী য়াদো। লৈরসম্ভু শ্রীমতি রাধিকানা।

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৩০ অঃ ৩১ শ্লোক

**হা নাথ রমণ প্রেষ্ঠ কাসি কাসি মহাভুজ। দাস্যাস্তে কৃপণায়া মে, সখে দর্শয় সন্নিধিম্ ॥১০॥**

তথাহি—( ভাঃ ১০।৮৩।৮ )—

**চৈদ্যায় মার্পয়িতুমুদ্যতকার্ম্মুকেষু রাজস্ব জেয় ভট—শেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ।**
**নিন্যে মৃগেন্দ্র ইব ভাগমজাবিযূথাৎ তচ্ছ্রীনিকেতচরণোঽস্তু মমার্চ্চনায় ॥১১॥**

শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কন্ধে ৮৩অঃ ১১ শ্লোক ।

**তপশ্চরন্তীং মাজ্ঞায় স পাদস্পর্শনাশয়া সখ্যোপেত্যাগ্রহীৎ পাণিং সাহং তদ্গৃহমার্জ্জনী ॥১২॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—হা—অরাবনি, নাথ—হে ইবুংঙো, রমণ—শান্নহৈবা, প্রেষ্ঠ—হে চান্নথোইবা, ক—কদাইদা, অসি—নংনা লৈবা. ক—কদাইদা, অসি—লৈবা, সখে—হে চান্নথোইবা মরুপ, কৃপণয়—য়াম্না তোল্লবী, দাস্যাঃ—মনাই ওইবী, মে—ঐগী, ঐবু, তে—নংগী, সন্নিধিং—মনাক্তবু, দর্শয়—উহল্লু। ইতি ॥১০॥

**অন্বয়ঃ**।—মাং—রুক্মিনী ঐবু, চৈদ্যায়—শিশুপালগী খুত্তা, অর্পয়িতু—পীনবগীদমক, রাজস্ব—নিংথৌ খিবিক্তা, উদ্যতকার্ম্মুকেষু—লিরুং পাইরবা খিবিক্তা, অজেয় ভট শেখরিতাঙ্ঘ্রিরেণুঃ—অতুগুম্বা ভমফদরবা নিংথৌশিংগী মকোক্তা লুহুপকা মাননা মাগী চরণগী উফুনবু পুহনবা অতুগুম্বা কৃষ্ণনা, মৃগেন্দ্রঃ—নোংশানা, অজাবিযূথাৎ—হামেং য়াওগী মপৈদগী, ভাগ ইব—মাগী শরুক লৌবগুম্না, মাং—ঐবু, নিন্যে—পুবিরক্লুনা, তচ্ছ্রীনিকেত চরণ—শ্রীলক্ষ্মীনা থৌগনলবা অতুগুম্বা চরন্না, মম—ঐগী, অর্চ্চনায়—সেবা পুজাগী, অস্তু—ওইসনু। ইতি ॥১১॥

**অন্বয়ঃ**।—স্বপাদ স্পর্শনাশয়া—শ্রীকৃষ্ণগী চরন্না শোকপা পামজবী, মাং—ঐবু, অজ্ঞায়—থংবিদুনা, যঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, সখ্যা—মতাও অর্জ্জুনগা লোয়ননা, উপেত্য—ঐগী নাক্তা লেংঙকতুনা, পাণিং অগ্রহীৎ—লুহোংখ্রবী, অহং—ঐনা, তদ্গৃহ মার্জ্জনী—শ্রীকৃষ্ণগী য়ুমগী লমশেংবী মনাই নুপী ওইসনু। ইতি ॥১২॥

---

অশং ওইবী পুন্নমক্তগী য়াম্না পুন্নমক্তা থোইদোকই ॥৬০॥ অতুবু শ্রীরাধানা কৃষ্ণগী মনাই নুপী ওইনা চরণগী সেবা তৌই। মাগী মু'শিবগী গুন্না শ্রীকৃষ্ণবু ওক্তনা পুল্লি ॥৬১॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীরাধানা—অরাবনি হে ইবুংঙো শান্নহৈবা! চান্নথোইবা! নংনা কদাইদা লৈবা নংনা কদাইদা লৈবা হে চান্নবা মরুপ য়াম্না তোল্লবী মনাই ওইবী ঐবু নংগী মনাক্তবু উহল্লু। ইতি ॥১০॥

দ্বারকাদা লৈবী রুক্মিনীনচিংবী অয়াম্বী ফম্বাল তোংবী ইবেম্মশিং মথোয়নসু মথোয়বু শ্রীকৃষ্ণগী মনাই নুপীনি হায়না নিংই ॥৬২॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীরুক্মিনী ঐবু শিশুপালগী মখুত্তা পীনবগীদমক্তা লিকং পায়রবা নিংথৌ খিবিক্তা, অতুগুম্বা ভমফদরবা নিংথৌশিংগী মকোক্তা লুহুপকা মান্ননা মাগী চরণগী উফুলবু পুহল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা, নোংশানা হামেং য়াওগী মপৈদগী মাগী শকক লৌবগুম্না রুক্মিনী ঐবু পুবিরকতুনা নিংথিবনা তিল্লবা চরন্না, মনাই নুপী ওইবী, ঐগী থৌগম্নবগীদমক্তা ওইবীসনু। ইতি ॥১১॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীকালিন্দিনা—শ্রীকৃষ্ণগী চরন্না শোকপা পামজবী ঐবু থংবিদুনা, শ্রীকৃষ্ণনা মতাও আর্জ্জুনগা, লোয়ননা ঐগী নাক্তা লেংঙক্লুনা, লুহোংখ্রবী ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী য়ুমগী লমশেংবী মনাই নুপী ওইবীসনু। ইতি ॥১২॥

তত্রৈব— ১০ম স্কন্ধে ৮৩ অঃ ৩৯ শ্লোকঃ ঃ—

**আত্মারামস্য তস্যেমা বয়ং বৈ গৃহদাসিকাঃ সর্ব্বসঙ্গ নিবৃত্ত্যাদ্ধা তপসাচ বভুবিম ॥১৩॥**

**অন্বয়ঃ** ।—ইমাঃ—অসিগুম্বী, বয়ং—ঐখোয়না, বৈ—লেপ্পা, সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্ত্যা—অয়াম্বা তিন্নজবা তোক্কৎ-না, তপসাচ—অমসুং তপতনা, আত্মারামস্য—আত্মারাম ওইবা, তস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, অদ্ধা—সংসংনা, গৃহ-দাসিকাঃ—য়ুমগী মনাই মুপী, বৈ—লেপ্পা, বভুবিম—ওইখি । ইতি ॥১৩॥

**অনুবাদঃ** ।—শ্রীকালিন্দী দেবীনা—অসিগুম্বী ঐখোয়না লেপ্পা অয়াম্বা তিন্নজবা তোক্কৎনা অমসুং তপতনা, অত্মারাম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সংসংনা য়ুমগী মনাইমুপী লেপ্পা ওইখি। ইতি ॥১৩॥

অতোপ্পগী করি হায়রনি শ্রীবলদেব মহাশয়না। মাগী পুকচেল্লা শেংলবা সখা অমসুং মনাওনি হায়বি ॥৬৩॥ অদুবু শ্রীবলদেব মশামকা ঐ শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি নিংডি। জগত্তা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি নিংদবা কনা অমত্তা লৈতে ॥৬৪॥ মচিন লিশিং পানবা শেষনা সঙ্কর্ষণনা। মশক তবা ওইদুনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা তৌই ॥৬৫॥ অয়াম্বা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী ওইবা সদাশিবগী অংশ রুদ্র ভবামাথোইনা। অদুগা মখোয়গী পোক্লফম গুণ অবতার ওইবা সদাশিবনা ॥৬৬॥ শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়না মানা চেংনা নিংডি। অতৎপা লৈতনা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি হায়বি ॥৬৭॥ শ্রীকৃষ্ণ মুংশিবদা ময়াই কাদুনা মাইকৈনা ফি ওইরি। শ্রীকৃষ্ণগী গুণ লীলা শকদুনা তত্তনা জগোই শারি ॥৬৮॥ অদুনা মম', মপা, মথক খোংবা, মতাওশিংগী পুকচেল্লা করি ওইরোই। হায়-রিবা পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি নিংদুনা কৃষ্ণবু সেবা তৌই ॥৬৯॥ শ্রীকৃষ্ণ মতোমতনা পুম্নমক্কী থোগন-ফম্নি জগৎকী ঈশ্বরনি। অতৈ পুম্নমক্কী শ্রীকৃষ্ণগী মতুংইনবা মনাইনি ॥৭০॥ অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা পোক্-পা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা পুম্নমক্কী মবুংঙোনি। মরম অসিনা অতৈ পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মনাই ডাক্তনি ॥৭১॥ মবুংঙো শ্রীচৈতন্যবু কনানা য়াই কনানা য়াদে অয়াম্বা মনাইনা। শ্রীচৈতন্যবু মানা য়াদবা মীদো পাপ অদুনা মাংজে ॥৭২॥ অদ্বৈতনা ঐনা চৈতন্যগী মনাইনি। শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি ঐনা মনাইগী মনাইনি ॥৭৩॥ অসি হায়দুনা ইশৈ শকই, জগোই শাই ফুইনা ডংডি। ডাহাক্তং শ্রীঅদ্বৈতনা তপথরগা ফমদুনা লৈ ॥৭৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী শ্রীবলরাম্না মনাইনি মরু ওইবা অরেপ্পা বৈষ্ণবনি লাওবি। শ্রীবলরামগী অংশশিংদা মনাই ওইবা পুক্চেন্দো তুং ইয়া লৈ ॥৭৫॥ শ্রীবলরামগী অবতার (হন্থনা পোকপা) শ্রীসঙ্কর্ষণনি। শ্রীসঙ্কর্ষণনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি তত্তনা নিংজরি ॥৭৬॥ মাগী অবতার অমনা শ্রীলক্ষ্মণনি ভক্তিনা তিল্লি। শ্রীরামগী মনাইনি মানা অতৎপা লৈতনা থৌগল্লি ॥৭৭॥ শ্রীসঙ্কর্ষণগী হন্থনা পোকপা কারণাব্ধিশায়ীনি। মানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি খন্দুনা তত্তনা সেবা তৌই ॥৭৮॥ মহাকী মরুওইবা অংশনা পোকপা শ্রীঅদ্বৈতনি। শ্রীঅদ্বৈ-তনা, পুক্নিং, হকচাং, য়াথং, পুম্ন তত্তনা কৃষ্ণগী ভক্তি তৌই ॥৭৯॥ শ্রীদ্বৈতনা লাওরি ঐনা শ্রীচৈতন্যগী মতুং ইনবা মনাইনি। ঐনা মাগী মনাইনি অতৎপা লৈতনা পুক্নিংদা নিংজরি ॥৮০॥ ইথুংনা ঊশিং তুলসীগা লোয়ননা চৈতন্যদা কৎদুনা পেলহল্লি। পোকহনদুনা জগত্তা অয়াম্ব জীবশিংদা ভক্তি সন-ন্দোক্তনা লালবিহল্লি ॥ ৮১ ॥ পৃথিবী পুরিবা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কন্ধে ১৪ অঃ ১৪ শ্লোকঃ

**ন তথা মে প্রিয়তম আত্মযোনির্ন শঙ্করঃ। ন চ সঙ্কর্ষণো। ন শ্রীর্নৈবাত্মাচ যথা ভবান্ ॥১৪॥**

**অন্বয়ঃ** ।—ভবান্—নংনা, যথা—অদুমনা, প্রিয়তমঃ—চান্নখোইবা, তথা—অদুম্না, আত্মজোনিঃ—ব্রহ্মনা, মে—ঐগী, ন—চান্নখোইবা ওইদে, ন শঙ্করঃ—মহাদেবনা ওইদে, ন চ সঙ্কর্ষণ—সঙ্কর্ষণ্না ওইদে; ন, শ্রীঃ—শ্রীলক্ষ্মীনা ওইদে, ন এব আত্মাচ—কৃষ্ণ ঐগী ইশামকসু ওইদে। ইতি ॥ ১৪ ॥

অদুগুম্বা শেষ সঙ্কর্ষণ্না। কায়ব্যূহনি মানা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি সেবা তৌরি ॥৮২॥ মখোয়শিংসিনা শ্রীকৃষ্ণদগী তৌরকপা অবতার ডাক্কনি। অবতারশিংনা অতংপা চৈতনা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌই ॥৮৩॥ মখোয়শিংসি শ্রীভাগবতা ভক্তা অবতারনি মনাইনি হায়রি। ভক্ত অবতারগী মশক্তা পুন্নমক্তগী অথোইবনি ॥৮৪॥ মরম অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা অংশীনি (পোকফমনি) অবতারনা অংশনি—(শ্রীকৃষ্ণদগী পোক্লকপনি)॥ অংশী অংশদা অরাংপা অহেনবগী মচংতো উদ্রি। পোক্লরবলা অংশী অংশগী মপু মনাইদো কাইনা চংরি ॥৮৫॥ মনাস্কা ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণদা মবুংজোনি নিংঙি। মনাও ওইরবসু শ্রীকৃষ্ণদা মবুং; শ্লোনি নিংঙ্কে ॥৮৬॥ অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী মশাদগী ভক্তনা থোইদোকই। শ্রীকৃষ্ণগী মশাদগী ভক্তনা মুংশিবা মশক ওইরি ॥৮৭॥ শ্রীকৃষ্ণনা মশাদগী ভক্তনা থোইদোকই নিংঙি। হায়রিবসিদা অন্নাম্বা শ্রীভাগবতনচিংবা লাইরিকশিংনা লেপ্না হায়রি ॥৮৮॥

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীকৃষ্ণনা হে উদ্ধব। নংনা অদুম্না চান্নখোইবা অদুম্না, ব্রহ্মানা ঐগী চান্নখোইবা ওইদে, শঙ্করনা ওইদে সঙ্কর্ষণ্না ওইদে, শ্রীলক্ষ্মীনা ওইদে, কৃষ্ণ ঐমকসু ওইদে। ইতি ॥১৪॥

মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা মশাদগী রস চাবা ফংদে। ভক্ত ভাব অদুনা শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী মাধুর্য্য রসবু চান্ন ॥৮৯॥ হায়রিবসি শ্রীভাগবতকী অরেপ্পনি মসি অথংবনা থংগনি। ভক্ত ভাবগী মতিকসি অপংবা মীনদি থংলোই ॥৯০॥ ভক্তভাব লৌদুনা পোকপা শ্রীবলরাম শ্রীলক্ষ্মন্না। শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীনিত্যানন্দনা শেষ শ্রীসঙ্কর্ষণচিংবশিংনা ॥৯১॥ শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুবা মাধুর্য্য অমৃত রসবু থকই। অসিগী মুংডাইবনা মরাইকাদুনা অতোপ্পা কবিসু থংদে ॥ ৯২ ॥ অতৈনা রস পাম্বদু লৈথিসনু শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা। মশাগী মাধুর্য্যরসবু থোরাংনা শ্রীকৃষ্ণনা থকনিংই ॥৯৩॥ অদুবু চেকসিন্না শ্রীকৃষ্ণনা মাধুর্য্যরসবু চানবগীদমক্তা হোৎনৈ। মদুদা ভক্তভাব নত্তনা মাধুর্য্যরসবু চাবা ফংদে ॥৯৪॥ অদুনা রসগীদমক্তা ভক্তভাব লৌদুনা শ্রীকৃষ্ণনা পোকলবা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক্তা অপাম্বা পুন্নমকপু থুংই ॥৯৫॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা ভক্ত ভাবনা অয়াম্বা মাগী মাধুর্য্য রসবু থকই। হায়রিবা সিদ্ধান্তশিংসি মথক্ত হান্না হায়খরে॥৯৬॥ অবতারশিংগী ভক্ত ভাবনা রাগোইবা অথোইবনি। ভক্ত ভাবতগী অহেনবা মুংডাইনা অতোপ্পা অমা লৈতে ॥৯৭॥ অরেপ্পা ভক্তগী মশক শ্রীবলরামগী ভক্ত অবতার শ্রীসঙ্কর্ষণনি। সঙ্কর্ষণগীনা মহাবিষ্ণুনি, মহাবিষ্ণুগী অবতারনা শ্রীঅদ্বৈতনি ॥৯৮॥ শ্রীঅদ্বৈতগোসাক্রিগী মতিক্তি ওয়খৈ নাইদে। শ্রীঅদ্বৈতগী হুঙ্কারনা শ্রীচৈতন্য পোকপনি ॥৯৯॥ শ্রীচৈতন্যনা সঙ্কীর্ত্তনবু তম্বীদুনা জগৎ লালবি। শ্রীঅদ্বৈতগী থৌজালদগী জগৎনা কৃষ্ণগী প্রেমবু ফংই ॥১০০॥ শ্রীঅদ্বৈতগী লোমদবাপু মতিক

কনানা হায়বা ডমগনি। অতুবু অথংবো মহাজনগী তাজবতু ঐনা ইজরি ॥১০১॥ শ্রীঅদ্বৈতগী চরন্দা ঐগী কোটিরক খুরুমজরি। ইজবসিদা ঐগী অপরাধ থজিক্কা লৌবিরোইদবা ওই ॥১০২॥ ইবুংঙো নংগী নতিক্কা কোটি সমুদ্রদগী হেল্লি। অচৌবা নতিকপু হন্থহনবসি অচৌবা অপরাধনি ॥১০৩॥ শ্রীঅদ্বৈতবু হন্না হন্না খুরুমজরি। পুন্নমক্কী মবুংঙো শ্রীচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে ॥১০৪॥ শ্লোক অনিদা শ্রীঅদ্বৈতগী তত্ত্ববু হায়রবনি। মতুংসিদা-পঞ্চ তত্ত্বগী মরোল ভক্তশিংনা তাবিরো ॥১০৫॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দ খুরুমজতুনা। শ্রীচৈতন্যচরিত অমৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জে ॥১০৬॥

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত আদি খণ্ডদা শ্রীঅদ্বৈতগী অরেপ্পা মশক হায়বা তরুকশুবা পরিচ্ছেদনি।

# সপ্তম পরিচ্ছেদ

**অগত্যেকগতিং নত্বা হীনার্থাধিকসাধকম্। শ্রীচৈতন্যং লিখ্যতেঽস্য প্রেমভক্তিবদান্যতা॥ ১॥**

শ্রীস্বরূপগোস্বামিনঃ কড়চায়াং শ্লোকঃ :—

**পঞ্চতত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্তরূপং স্বরূপকম্। ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকম্॥ ২॥**

**অন্বয়ঃ**।—অগত্যেকগতিং—অশোনবগী পাঙ্গল ওইবা, হীনার্থাধিকসাধকং—ফংডমদববু ফংহনবা, শ্রীচৈতন্যং—শ্রীচৈতন্যবু, নত্বা—খুরুমজহূনা, অস্য—শ্রীচৈতন্যগী, প্রেম ভক্তিবদান্যতা—প্রেম ভক্তিবু, পীনহৈববু, লিখ্যতে—ঐনা ইজরি ইতি॥১॥

**অনুবাদ**:—অশোনবগী পাঙ্গল ওইবা ফংডমদববু ফংহনবা, শ্রীচৈতন্যবু খুরুম্জহূনা, চৈতন্যগী প্রেম ভক্তিবু, পীনহৈববু ঐনা ইজবি। ইতি॥১॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু হন্না হন্না খুকমজৈ। মহাক্কী চরন্দা চংজরিবা মীদো থোইদোক্না অতাংবনি॥১॥ অহানবা শ্লোক্না গুরুনচিংবা তত্ত্ব তরুক্কী খুরুমখবে। গুরুগী তত্ত্ব হায়রে তত্ত্ব মডাগী মশক লেপ্না তারো॥২॥ পঞ্চতত্ত্বগা লোইননা শ্রীচৈতন্যনা পোক্লরে। পঞ্চতত্ত্ব লোইনহূনা হরাওনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই॥৩॥ তত্ত্ব মডাসি মশক অমত্তনি থজিক্কা তোডান্দে। ওইহূনমকপু রস চানবগীদমক্কা অমত্তনা মডা থোকপনি॥৪॥

**(২ শ্লোক্কীঃ আঃ পঃ ১। ১৪ শুবদা য়েংউ)**

ভক্তরূপ শ্রীচৈতন্য,—ভক্তস্বরূপ শ্রীনিত্যানন্দ, ভক্ত অবতার শ্রীঅদ্বৈত, ভক্তাখ্যং শ্রীবাস পণ্ডিত, শক্তি শ্রীগদাধর পণ্ডিত, মডাসি তত্ত্ব মডানি। শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান মতোমতনা ঈশ্বরনি মপুনি। অনিশুদবা শ্রীনন্দগী মচানা রস চারবশিংগী কোক্কী লৈতেংনি॥৫॥ শান্নহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজ গোপীশিংগা রাসনচিংবা শান্নে। অমদি য়েংউ অয়াম্বা মাগী পরিকর লোইনবশিংগা পুন্না॥৬॥ অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা পোক্লরে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌই। অতুগুম্বা অয়াম্বা লোইনরিবশিংসি অতাংবনি॥৭॥ ঈশ্বরগী অবেপ্পা মশক অমত্তনি শ্রীচৈতন্যনা ঈশ্বরনি। ভক্তভাবকী মশক্নি শ্রীচৈতন্যগী হকচাংদা তশেংবনি॥৮॥ শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুবগী অডক্পা মতিক অমা লৈ। মীপুকহুবা রসপু চানবগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তভাবপু লৌবি॥৯॥ রসবু চাবি মবমসিদা শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনা ভক্তরূপ তত্ত্বনি। মাগী ময়াম্বা শ্রীনিত্যানন্দনা ভক্তস্বরূপ তত্ত্বনি ॥ ১০ ॥ ভক্ত অবতার তত্ত্বনা শ্রীঅদ্বৈতনি। অহুমসি মাগী মশক্নি। অসিগুম্বা তত্ত্ব অহুমবু পুন্নমক্না তিন প্রভুনি শক্নরি॥১১॥ মহাপ্রভু শ্রীগৌরাঙ্গ মতোমতনি অমদি প্রভুদি অদ্বৈতনিত্যানন্দ অনিনি। অদ্বৈতনিত্যানন্দ অনিনা শ্রীমহাপ্রভুগী চরণ সেবা তৌই॥১২। তিন প্রভুনি তত্ত্ব অহুমসিবু পুন্নমক্কী নিংনগদবা মপুনি। মরিশুবা অতুগুম্বা ভক্ত তত্ত্ববু নিংগদবনি থংগনি॥১৩ শ্রীবাসনচিংবা অয়াম্বা কোটি কোটি ভক্তশিংনা। শেংলবা ভক্ত তত্ত্বদা পুন্নমক্কী মশকপু শিংথারি॥১৪॥ শ্রীগদাধরনচিংবনা প্রভুগী শক্তি তত্ত্বনা পোকপনি। শক্তি তত্ত্বনি শক্তি কৌই—মাগী মশকপু মঙ্গংচনবা ভক্তনি শিংথারি॥১৫॥ ভক্তশিং লোইনহূনা শ্রীগৌরাঙ্গনা তত্তনা শান্নরি। মথোয়গা লোইনরগা সঙ্কীর্ত্তনবু সন্দোকই॥১৬॥ তত্ত্ব মডা লোইনহূনা প্রভুনা কৃষ্ণগী প্রেম রসবু চারি। পুন্নমক্কা

লোইননা পুম্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ধনবু পিরি ॥১৭॥ তত্ব মঙাসি পৃথিবীদা লাক্তুনা তিন্নররে অতুগা। মমাংঙৈগী প্রেমগী লনগৈগী পোরোন হাংতুনা ॥১৮॥ মঙা পুন্নগা মুন্দুনা লোরগা প্রেমবু চামিন্নৈ। বসবু য়াম্না, য়াম্না থকলুবগা অতৎপা লৈতনা খোবাংবা হেনগৎলি ॥১৯॥ হন্না হন্না থকলু থকলুবগা য়াম্না মরাই কাই। জগাইদা, নোকপদা, কপ্পদা, ঈশৈ শকপদা অতুম্না মরাই কারি ॥২০॥ মফমনি মফম্ নত্তে য়েংদে অরা—য়াদ মশক্ খন্দনা। শ্রীচৈতন্যনা ফংড় ফংডুবা পুম্নমক্তা প্রেমবু পীবী ॥২১॥ প্রেমগী ভাণ্ডার হাংখল্লি মুন্দুনা চাই পীস্ন পীথোকই। অঙকপা ভাণ্ডাবনি প্রেমগী মগুন চাম্না হেনগৎলি ॥২২॥ হৌগৎলকপা প্রেমগী ইচেননা মাইকৈ মবিদা কোইথরে। মুপা, অহন, অঙাং, পাখং পুম্নমক্তা লুপহল্লি ॥২৩॥ অফ ফত্ত খোংতেক মীত্তাং অশোন অনা পুম্নমক। জগৎকী মীশিংবু প্রেমগী ইচেন্দা লুপহল্লি ॥২৪॥ প্রেমদা জগৎ লুপহল্লগা, জীবগী মায়াগী মক ফুক্তুনা মাংহল্লি। মতুবু উবদা মৃত্যাঙক্কী য়াম্না খোইদোক্লা হরাওবে ॥২৫॥ পঞ্চ ভক্তনা য়াম্না য়াম্না প্রেমবু চুথরগা জগত্তা। প্রেম জলনা অতুক্ অতুকী মথৈ হেনগৎতুনা মরোল অতুম থুক্কি ॥২৬॥ অতুদা, চুমদবা ভাংবা, মশাগী কাম্নবতা, কর্ম্ম তৌবা, ভক্তি য়াদবশিং। অকাইবা ভাংবা, অকাইবা তৌবা, কৃষ্ণ নিংদবা লাইরিক তম্বা অত্তোনুবা ॥২৭॥ অয়াম্বা, মথোইসিনা য়াম্না হৈশিংতুনা, লৈপ্পোকতুনা চেম্থোকথরে। প্রেমগী ইচেন্না মপ্পোয়শিংসিদা শোক দবদা হমত্রে ॥২৮॥ মথোইবু উবদা শ্রীমহাপ্রভুনা থল্লকই। চেকশিন্না জগৎপু প্রেমদা লুপহল্লবক তৌরি ॥২৯॥ কনা কনানা চেম্থোকথরূ এগী লাশক কাইরে। চেম্থোকইবশিংবু প্রেমদা লুপ্পহল্লগে খল্লিত্তুনা ওইবরসু মুখ্যাইরনগে ॥৩০॥ অসি য়াম্না, পুক্কিংদা খল্লিত্তুং থল্লগ্পা লেপ্লকে। মমদগী শ্রীগৌরাঙ্গনা

সন্ন্যাস আশ্রমবু লৌই ॥৩১॥ গৃহস্থগী আশ্রমদা চহি কুনমরি লৈরম্মী। প্রভুনা চহি কুনখড়া হাম্বরকপদা সন্ন্যাস তৌই ॥ ৩২ ॥ প্রভুনা সন্ন্যাস তৌরগা পুম্নমক চিংশনখি, অয়াম্বা চেম্থোকথরবা ভক্তি কাইবা তৌবশিংনা ॥ ৩৩ ॥ ছাত্র,-পাষণ্ডী,-কর্ম্মা, অকাইবা ডাংবশিংনা চিংবা। মথোইনা লাক্তুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী চরণদা খুরুমজে ॥৩৪॥ শ্রীগৌরাঙ্গনা অপরাধ ক্ষেমকপী-তুনা প্রেমগী ইচেন্দা লুপহল্ল। শ্রীমহাপ্রভুগী প্রেমগী অপ্লোইবা লাংদগী কনানা লাম্থোকক্কা ॥৩৫॥ পুম্নমক লানবিরবশিংনক কৃপানা প্রভুনা পোকপরে। পুম্নমক লানরিগনবদা প্রভুনা য়াম্না হৈশিংই ॥৩৬॥ মতমগী অয়াম্বা থবক্কীচিংবা লানবা বিদুনা মনাইগী ওইবি। পুম্নমক লানম্রোবদা কাশীগী চুমদবা ডাংবশিংনা লৈথোকহৌরে ॥ ৩৭ ॥ প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন লাকপদা কাশীদা চন্দ্রশেখরগীদা লৈরম্মী। চুমদবা ডাংবশিংনা শ্রীচৈতন্যবু ফত্তনা হায়রকলে ॥৩৮॥ সন্ন্যাস তৌবগা ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাক্তুনা ডাওশল্লৈ। বেদান্ত পাদে সঙ্কী-র্ত্তনবু তৌদ্রুমা লৈবে ॥ ৩৯ ॥ অশংবা সন্ন্যাসনি মাগী ধর্ম্ম কৰিবসু থংদবনি। ভাবক (রস থংবা) শাক্তুনা ভাবকশিং লোইনতুনা লংতুনা লৈরে ॥৪০॥ ডাংবশিংদো তাবদা প্রভুনা নোকই মথন মগুন খল্লি। ইম্থোক্তুনা কনা অমত্তগা য়াঙাংনদে প্রভুনা উম্নদে ॥ ৪১ ॥ ইম্থোকলমলগা প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবনদা লেংথরে। শ্রীবৃন্দাবন দর্শনদগী অমুক হন্না লেংথোকলকলে ॥৪২॥ কাশীদা শুদ্র লাইরিক ইবা শ্রীচন্দ্রশেখরগী মযুমনি। অনিত্তম্বা ঈশ্বর শ্রীচৈতন্যনা মাগী মযুমদা লেংদমা লৈররে ॥৪৩॥ তপন মিশ্রগী মযুমদা নিত্তিগী প্রভুনা ভিক্ষা প্রসাদ কাই। কাশীগী সন্ন্যাসশিংগী কার্ত্তন অমতত্তু লোকে ॥ ৪৪ ॥ মমম অতুক্কা সনাতন্না লাকতুনা

প্রভুদা চংজরগে, তিন্নরে। সনাতনগী ওইবা তম্বীনবগী-দমক্তা প্রভুনা থা অনি লৈরম্মী ॥৪৫॥ শ্রীগৌ-র হনা সনাতন্দা বৈষ্ণব ধর্ম্ম লোইনা তম্বীখি। শ্রীভাগবতনচিংবা লাইরিকশিংদা লৈবা অয়াম্বা অথুপ্পা অ চংপা তত্ত্ববু থংহল্লি ॥৪৬॥ অসিগী মনুংদা চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র অনিনা। য়াজরক্নুনা প্রভুগী চরন্দা হুংগৎলি। ইবুংঙোগী অকাইবগী ভাংব-সিবু কয়াররুমত্ত্ব তারশিবা। হৌজিক্তি থাংবা ভমত্রে প্রাণ থাগদৌরে ॥৪৮॥ অয়াম্বা সন্ন্যাস-শিংনা ইবুংঙোদা অকাইবা ভাংবসি। তাজবা ভমত্রে তাবদা থম্মোই কাইগদৌরে ॥ ৪৯ ॥ মহু তাবদা প্রভুনা মোমোন নোক্কুনা লৈ। মতম-তুদা মহারাষ্ট্রী কৌবা ব্রাহ্মণ অমা থুংলরে ॥৫০॥ চংশিল্লক্কুনা প্রভুগী চরণ কোন্দুনা হুক্লংলি। ভিক্ষা মশক অমত্তা নিজগে হরাওনা পীবীয় ॥৫১॥ ঐনা সন্ন্যাস পুম্নক্কী বার্ত্তণ তৌজরে। ইবুংঙো লেংঙকলবদা ঐগী নিংবা থুংলগনি ॥৫২॥ চক্তে সন্ন্যাসশিংগা ভাংনদে হায়বা ঐ থওই অহুবু। ঐবু থৌজানবিহুনা বার্ত্তন লৌবিয়ু ॥৫৩॥ প্রভুনা নোক্কুনা মাগী বার্ত্তন লৌবিরে। সন্ন্যাসশিংগী কৃপাগীদমক প্রভুগী তৌবিবসি মরৈনি ॥ ৫৪ ॥ প্রভুনা কনাগী মযুমদা চক্তে হায়বসি ব্রাহ্মন্দুনা থংই। মডোন্দা প্রভুগী ইনশিল্লকপনা অনম কন-বনি মানা ॥ ৫৫ ॥ নোংঙালবা, বার্ত্তন মুমিত্তা মহারাষ্ট্রীগী মযুমদা লেংঙকলে। প্রকাশানন্দন-চিংবা সন্ন্যাসশিং ফমহুনা লৈবা উরবদা ॥৫৬॥ সভাবু থুরুমলগা প্রভুনা খোংহামকমদা লেং-শিল্লে। খোংশেংলবদা মকমহুদা ফমহুনা লৈরে ॥৫৭॥ ফমহুদা লৈরগা প্রভুনা তৌবা ওয়া থজিক্কং ফোংংতোকই। মুমিং কোটিগী মডান্দগী হেন্না হুকচাংগী মডান্না য়াম্না ভাল্লি ॥৫৮॥ প্রভুগী মতিক্কা সন্ন্যাসশিংগী পুক্লিংবু চিংশিল্লি। সন্ন্যাসশিংনা

কমকম থাদোক্কুনা হৌগৎলকলে ॥৫৯॥ প্রকা-শানন্দ কৌবনা সন্ন্যাসশিংগী লুচিংবনি। ইকাই খুম্নুনা প্রকাশানন্দনা থজিক্কং হায়রকই ॥ ৬০ ॥ ভারিবরা শ্রীপাদ লেংশিল্লকউ অসিদা লেংশিল-লকউ। করি য়াহুনা শেংদবা মকম অহুদা ফমলিবনো ॥৬১॥ ঐ অতোনবা সম্প্রদায়নি প্রভুনা খুমলকই। নখোয়গী নবক্তা ফমগদবদা ঐগী ইতিক ওইদে, অহুননি ॥৬২॥ তাবদা প্রকাশা-নন্দনা প্রভুগী খুজেং পায়হুনা। ইকাইখুম্নুনা চিংশিল্লুনা সভাদা প্রভুবু ফমহল্লে ॥৬৩॥ প্রকাশা-নন্দনা হংভি ইবুংঙোগী মিং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা। কেশব ভারতীগী শিষ্য ওইবনা নং অসি অত্তাং বনি ॥ ৬৪ ॥ সম্প্রদায় সন্ন্যাসনি নংনা কাশীদা লৈবগা। মরম করিগী'না ঐখোই পুম্নমক্তা উন-ত্রিবনো ॥৬৫॥ অহুগা সন্ন্যাস ওইরগা জগোই শারিবা ঈশৈ শক্লিবা। য়াখল পুবশিংগা লোইননা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরিবা ॥৬৬॥ বেদান্তপাবা, ধ্যান তৌবা, সন্ন্যাসনা তৌগদবা ধর্ম্মনি। মহুবু করিগী থাদোক-তুনা ভাবক্তী থবকপু তৌরিবা ॥৬৭॥ নংগী অচৌবা নতিক উবদা সংসনা নারায়ণমক ওইরে। করি মবমগীদমক করিগী অতোনবা লমচং চংলিবা ॥৬৮॥ প্রভুনা হায় তাও শ্রীপাদ মসিগী মরমদো হায়গে ॥ শ্রীগুরুনা পংবসি উবদা ঐডোন্দা য়ারকপী ॥৬৯॥ অপংবা নংদি বেদান্ত থংবগী নতিক ওইরোই। শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্রসিনা বেদান্তগী মচিনি মন্ত্রসি তত্ত্বনা শোল্লু ॥ ৭০ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্রদগী সংসার মায়া কোক্কনি। শ্রীকৃষ্ণগী নামদগী শ্রীকৃষ্ণগী চরণগী সেবা ফংগনি ॥৭১॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম মন্ত্র নস্তুনা কলিদা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমা লৈতে। অয়াম্বা নাম মন্ত্রদগী, শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্র অমসুং হরি নামনা অরেপ্পনি হরিনামনা শ্রীমদ্ভাগবতনচিংবা লাই-রিকশিংগী পোকফম তিনকম মরক্তি ॥ ৭২ ॥

তথাহি—বৃহন্নারদীয়বচনম্‌

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্‌। কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥৩॥**

**অন্বয়ঃ** ।—হরের্নাম—হরিনামনা, হরের্নাম—হরিনামনা, হরের্নাম—হরিনামনা, এব—লেপ্পা, কেবলং—অবেপ্পনি, কলৌ—কলিদা, অন্যথা—অতোপ্পা, গতি—শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা পাঙ্গল অমা, এব—লেপ্পা, নাস্তি—লৈতে, এব-লেপ্পা, নাস্তি—লৈতে, এব—লেপ্পা, নাস্তি—লৈতে। ইতি ॥৩॥

অসি হায়রুনা শ্রীগুরুনা ঐঙোন্দা শ্লোক অমা তম্বী। চিনফা পূরা শ্লোকসিদা কুপ্পা বিচাব তৌরো অরেপ্পনি ॥৭৩॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীগুরুনা পীবীবা হরিনাম্ নত্তুনা কলিযুক্তা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা অতোপ্পা পাঙ্গল অমা লেপ্পা লৈতে, লেপ্পা লৈতে, লেপ্পা লৈতে। হৌজিক কলিযুক্তা হরি নামতনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা, হরি নামতনা, হরি নামতনা, হরিনামতনা, লেপ্পা অবেপ্পনি। ইতি ॥৩॥

### হরিনাম

হরেকৃষ্ণ, হরেকৃষ্ণ, কৃষ্ণকৃষ্ণ, হরেহরে,।
হরেরাম হরেরাম রামরাম হরেহরে ॥ইতি।

### দীক্ষামন্ত্র

( ক্লীঁ গোপীজন বল্লভায় স্বহা ) ইতি
শ্রীগুরুনা পীবীবা নাম্ মন্ত্র অসিনি অরেপ্পনি ॥ ইতি ময়েক ৱাংফদে হেনফদে কায়দনা শোনজববদি শ্রীকৃষ্ণনা পেল্লি।

শ্রীগুরুগী অজ্ঞা ফংদুনা তত্তুনা ঐনা নাম শোল্লে। নাম শোল্লু শোল্লুরগা ঐগী পুক্নিং অসুম ভকথরে ॥৭৪॥ ময়াই কাথরে তপথগদবতা ভমদ্রে। নোকই, শকই, জগোয় শাই অভাওবনা ময়াই কাবগুম্না ॥৭৫॥ মতম অতুদা তপথনবা পুক্নিংদা ৱাথল তৌই। শ্রীকৃষ্ণগী নামদা ঐগী জ্ঞান মাংখরে ॥৭৬॥ ঐ ভাওরে পুক্নিং তপথবা ঐ ভমদ্রে। অসি খল্দুনা শ্রীগুরুগী চরন্দা ঐনা হায়জকই ॥৭৭॥ গোসাঞি পীরিখসি কল্লি মন্ত্রনো মাগী মপাঙ্গল করিনো। মন্ত্র শোল্লু শোল্লুরগা ঐ ভাওরে করিনো ॥৭৮॥ মন্ত্রনা ঐঙোন্দা নোকহল্লি, জগোই শাহল্লি, কপহল্লি। অসি তারবদা শ্রীগুরুনা নোক্তুনা হায়রকই ॥৭৯॥ হায়রিবদো শ্রীকৃষ্ণগী মন্ত্র অমসুং হরিনামগী ওইবা মশক্তি মগুন্নি। নাম শোল্লবা মীতৃগী শ্রীকৃষ্ণদা অপাম্বা পোকই ॥৮০॥ শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম পোকলবদি মীদো থোইদোক্না তৌজরে। মাগী মাংদা পুরুষার্থ, কান্নবা মথন মরিদো নাপীগা মান্নে ॥৮১॥ শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমানন্দ ফংলবদি অমৃতগী সমুদ্রনি ৫ শুবা পুরুষার্থনি। লালবনচিংবগী মুংভাইবদো মাগী মরিক অমা ফংদে ॥৮২॥ মন্ত্র-নামগী মহৈদি প্রেম্নি লাইরিক পুম্নমক্তা হায়বি। নংগী লাইবক কবনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না ফাওরকপনি ॥৮৩॥ প্রেমগী মগুন্না পুক্নিং হকচাংবু তম্নাং-তশোইহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী চরণ সেবাদা অপাম্বা পোকহল্লি ॥৮৪॥ প্রেমগী স্বভাবনা ভক্তনা নোকই কপ্পী ঈশৈ শকই। জগোই শাই অসুম্না ভাওদুনা কোইচেন চেল্লী ॥৮৫॥ হুমাং শোবা, নিকৃপা, তুচুংবা, পি তাবা, হিক্ হিক্ লাওবা কুচু ওনবা। মম্নাইকাবা ৱাবা তপ্পা, থোইবা হবাওবা নোল্লুকপা ॥৮৬॥ পুম্নমক্সি ওইদুনা প্রেমনা ভক্তশিংদা জগোই শাহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী অমৃত সমুদ্রদা তাওদুনা লৈহল্লি ॥৮৭॥ ফরেদা নংনা অথোয়বা পুরুষার্থবু ফংলে। নংনা প্রেম ফংলবদা ঐগী মহৈ য়ানবা ওইরে ॥৮৮॥ ভক্তগা লোইনদুনা জগোই শাও ঈশৈ শকউ সর্ঙ্কীর্তন তৌ। শ্রীকৃগী হরিনামবু মী

তথাহি - শ্রীমদ্ভাগবতে ১১শ স্কন্ধে ২য় অঃ ৪০ শ্লোক ঃ—

এবং ব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্যা জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।
হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ ॥৪॥

তথাহি — হরিভক্তিসুধোদয়ে ঃ ১৪।৩৬

ত্বৎসাক্ষাৎকরণাহ্লাদবিশুদ্ধাব্ধিস্থিতস্য মে। সুখানি গোষ্পদায়ন্তে ব্রাহ্মাণ্যপি জগদ্গুরো ॥৫॥

**অন্বয়ঃ** ।—এবংব্রতঃ—হরিনাম শোনবা মীনা, স্বপ্রিয়নামকীর্ত্যা – শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা হরিনাম শোনবতনা জাতানুরাগঃ—প্রেম পোকনবা, দ্রুতচিত্তঃ—পেৎলবা থম্মোইনা, লোকবাহ্যঃ—জগত্তগী মপানলান্দুনা, উন্মদবৎ—ময়াই কাবগুম্না, উচ্চৈঃ—অরাংবা স্বরনা, অথঃ—অতুগী তুংদা, হসতি—নোকই, রোদিতি —কপ্পী, রৌতি—লাওই, গায়তি – ঈশৈ শকই, নৃত্যতি—জগোই শাই। ইতি ॥৪॥

**অন্বয়ঃ** —হে জগৎগুরো—হে জগৎ গুরু, ত্বৎসাক্ষাৎ করণা হ্লাদবিশুদ্ধাব্ধিস্থিতস্য— ইবুংঙো উজবগী নুংঙাইবা সমুদ্রদা লৈরবা, মে— ঐগী, ব্রাহ্মানি—জ্ঞানিগী নুংঙাইবনা, অপি—অমসুং, গোষ্পদায়ন্তে — মনখোঙ্গুনগুমখ্রে। ইতি ॥৫॥

পুন্নমক্তা তাকউ, তম্বীয়ু। ৮৯॥ অসি হায়রগা শ্লোক অমা ঐঙোন্দা তম্বী। মসি শ্রীভাগবতগী মচিনি হন্না হন্না হায়বী ॥৯০॥

**অনুবাদঃ** ।— হরিনাম শোনবা মীনা, শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা নাম শোনবতনা প্রেম পোক্না পেৎলবা থম্মোইনা জগত্তগী মপান লান্দুনা। ময়াই কাবগুম্না অরাংবা স্বরনা অতুগী তুংদা নোকই কপ্পী লাওই ঈশৈ শকই জগোই শাই। ইতি ॥৪॥

অসিগুম্বা শ্রীগুরুগী যাথংসি ঐনা য়াম্না চেংনা খাজরে। অতংপা লৈত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম থরাই খাওনা শোনজে ॥৯১॥ অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নামনা কপিগুম্বদা ঈশৈ শকই জগোই শাই। ঈশৈ শকপা জগোই শাবা ঐনা থংদে প্রেম মানা তৌহনবনি ॥৯২॥ অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী নামদা নুং-ঙাইরবা অমৃতগী সমুদ্রবু চাবনি। প্রেমগী নুংঙাইবগী মাংদা জ্ঞানিগী নুংঙাইবদো যণ খোঙ্গুনগুম্বনি ॥৯৩॥

**অনুবাদঃ** ।—শ্রীপ্রহ্লাদনা ঃ—হে জগৎকী গুরু! ইবুংঙোবু উবদগী নুংঙাইবা সমুদ্রদা লৈরা ঐগী হান্নগী জ্ঞানিগী নুংঙাইবনা মন খোংগুনগুমখ্রে। ইতি ॥৫॥

শ্রীগৌরাঙ্গগী রাহৈসি তাবদা সন্ন্যাসশিংনা। পুরি লৈশিল্লকত্তুনা অখুম্বা রাহৈনা হায়রকই ॥৯৪॥ নংনা অতুম্না খজিক্ত হাযবিবদো পুন্নমক অচুম্বনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংলিবা মীদো লাইবক ফববনি ॥৯৫॥ শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি তৌবদা ঐখোয় পুন্নমক্কী পেল্লে। অতুদা বেদান্তবু করিগী তাদবা মাগী করি অকায়বা লৈবগে ॥৯৬॥ রাহু তাবদা প্রভুনা নোকত্তুনা হায়-বকই। অরাবা থলগন্নু মতমসিদা তাও মরমদো হায়গে ॥৯৭॥ হায়বসি তাবদা সন্ন্যাসশিংনা হায়রকই। নংঙোন্দা সংসংনা শ্রীনারায়ণগী মশকনি হায়না উরে ॥৯৮॥ মতুদি নংগী রাহৈ তারদা নাকোংগী অয়িংবা ওইরি। অমনা নংগী ফজরা উবদা মিংকী অয়িংবা ওইরি ॥৯৯॥ নংগী নত্তিক নগুম্না ঐখোয়গী পুক্নিং নুংঙাইরি। নংগী রাহৈনা করিগুম্বদা তিন্দবা ওইদে হায়উ তাসি ॥১০০॥ মতুদা প্রভুনা হায় বেদান্তগী সুত্রদি ঈশ্বরগী রাহৈ-নি। শ্রীনারায়ণনা শ্রীব্যাস ওইদুনা বেদান্তবু সুত্রবু

তথাহি—গীতায়াম ৭ অং ৫ শ্লোকে :—

**অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাং। জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥৬॥**

বিষ্ণুপুরাণে ৬ অংশে ৭ অধ্যায়ে৬১ শ্লোক :—

**বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা। অবিদ্যা কর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥ ৭ ॥**

**অন্বয়ঃ**।—মহাবাহো—হে অর্জ্জুন। ইয়ং—অসিগুম্বী মায়া, অপরা—থোইদোক্তবী শক্তি, ইতঃ—মসিদগী, অন্যাং—অতোপ্পী, জীব ভূতাং—জীব কৌবী, মে—ঐগী, পরাং—থোইদোকপী, প্রকৃতিং—শক্তিবু, বিদ্ধি—নংনা খংউ, যায়—জীব শক্তিতনা, ইদং—অসিগুম্বা, জগৎ—তাইবংপানববু, ধার্য্যতে—পুরিয়ে। ইতি ॥৬॥

**অন্বয়ঃ** —বিষ্ণুশক্তিঃ—শ্রীবিষ্ণুগী শক্তিবু, পরা—অথোইবীনি, প্রোক্তা—হায়রি, তথা—অতুমনা অপরা—থোইদোক্তবী, ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা—জীব কৌবী শক্তি অমা, অন্যা—অতোপ্পী, তৃতীয়া—অহুমশুবী অবিদ্যা কর্ম্মসজ্ঞা—মায়া কৌবী, শক্তিঃ—শক্তিবু, ইষ্যতে—হায়রি। ইতি ॥৭॥

তৌবনি ॥১০১॥ অংকপা, ফিংগৎপা নমহৎপা মকম মকাই খংদবা। দোষশিংসি লৈতবা ঈশ্বরগী ব্রাহ্মৈ ভাক্তনি ॥১০২॥ বেদউপনিষৎ লোইননা বেদান্তদা হায়বা অরেপ্পদো। হায়গদবা অচুম্বনি অহুগুম্বা অর্থদো অথোইবা মতিক্তি ॥১০৩॥ হায়রোইদবা হায়বা অহুগুম্বা ব্রাহ্মৈদো সঙ্করাচার্য্যনা তৌরি। মতুবু তাকুবদা তৌগদবা মশক পুম্নমক মাংলে ॥১০৪॥ তৌরিবা সঙ্করাচার্য্যগীদি দোষ লৈতে শ্রীকৃষ্ণগী ব্রাষং ফংতুনা। হায়গদবা অর্থবু কুপশিন্দুনা হায়-রোইদবা অর্থবু হায়বনি ॥১০৫॥ অচুম্বদি ব্রহ্ম হায়বসিগী অরেপ্পা অর্থনা শ্রীকৃষ্ণবু হায়রি। অথংবা তৌবা ভগ্না অরেপ্পনা থল্লবা মাল্লবা অহেনবা লৈ-তবা মশক্তি ॥১০৬॥ মহাক্কী তৌবা ভগ্না হকচাংদো পুম্নমক্ খংবগী মশক্তি। অমুম্ ভইরিবা শ্রীকৃষ্ণগী সৎ-চিৎ আনন্দগী মশক্তবু কুপছিন্দুনা মাবু হক-চাং পান্দে হায়রে ॥১০৭॥ শ্রীকৃষ্ণসু লৈকমসু লোইনবশিংসু চিৎ আনন্দগী মশক ভাক্তনি হায়রি। শ্রীকৃষ্ণবু অচম্বা মায়াগী ভইবা জীবগী মশকনি হায়রে ॥১০৮॥ হায়রিবা মাঙ্গী দোষ লৈতে মাদি ব্রাষং ইনবা মনাইনি। অমদি মতুবু তারিবা মীগী অবেপ্পা পুম্নমক মাংবা ওই ॥১০৯॥ শ্রীকৃষ্ণবু অকাইবা হায়রা মহুদগী হেন্না মাংবা অমা লৈতে। শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংবু অচম্ব ওইনা চুমদনা নিংলে ॥১১০। অবেপ্প শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তি চাকলিবা মৈগুম্বনি। জীবগী মশক্তা চেংথোকলকপা মৈ-বিকরুম্বনি ॥১১১॥ জীবগী মশক্তা শক্তিনি শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তা শক্তিমান্নি। মহুদি শ্রীকৃষ্ণদগী হম্থনা ওম্থোকপা মশকপু শক্তিনি, শক্তিগী পোকফম্বু শক্তিমান্নি ॥১১২॥

**অনুবাদঃ**। - শ্রীকৃষ্ণনা হে অর্জ্জুন। অসিগুম্বী মায়া থোইদোক্তবী শক্তি মসিদগী অতোপ্পী জীব কৌবী ঐগী থোইদোকপী শক্তিবু নংনা খংউ। জীব শক্তিতনা অসিগুম্বা জগৎ তাইবংপানববু পুরিয়ে। ইতি ।।৬।।

**অনুবাদঃ**।—শ্রীবিষ্ণু শক্তিবু অথোইবিনি হায়রি অতুমনা থোইদোক্তবি জীব কৌবী শক্তি অমা অতোপ্পী অহুমশুবী মায়া কৌবী শক্তিবু শ্রীকৃষ্ণগীনি হায়রি। ইতি ।।৭।।

অসিগুম্বী জীবগী মশকা শ্রীকৃষ্ণগা অমত্তনি হায়রে। অথোইবা অরেপ্পা শ্রীকৃষ্ণগী মতিকী মশকপু কুপ-

ছিল্লে ।।১১৩।। শ্রীব্যাসগী বেদান্তসূত্রদা পরিণাম-বাদ (মশক্তগী পোকৃথোকপ )বু হায়রি । শ্রীব্যাসবু অঙকপনি হায়বগা হায়বিবা অদুদা য়াদববু হায়বে ॥১১৪॥ শ্রীব্যাসনা জীববু শ্রীকৃষ্ণগী মশক হন্থনা পোকথোকপনি হায়রি। হায়বিবসিদা মশক্তগী ওন্নবা শ্রীকৃষ্ণবু জীব নংনি হায়রে ।।১১৫।। জীববু শ্রীকৃষ্ণদগী হন্থনা পোকথোকপা মশক্তি হায়বনা অবেপ্পনি থংগনি। সঙ্করাচার্য্যনা জীবগী মশক্তো শ্রীকৃষ্ণনি হায়বসি ওন্নবা য়াহৈনি ।।১১৬।। শ্রীকৃষ্ণদি খন-লুবদা ফংবা ঙমদবা শক্তিনা তিল্লি। মদুদি শ্রীকৃষ্ণনা খনদবগী মশক হন্থনা পোকথোকপা জগৎ জীববু, পোকই ।।১১৭।। শ্রীকৃষ্ণদগী জগৎ অমসুং জীববু পোকথিজনা মসেং তাদে মাদু অঙকপনি। হায়বদো অচম্বা স্পর্শ মণিগা চাংদমদুনা খংনবদু হায়গে । ১১৮।। চিন্তামণিনা শোকপদগী অযাম্বা য়োংশিংনা সা মরাম ওই। অদুমকপু চিন্তামণিদো মসেং তাদনা মশক্তো অদুম লৈ ।।১১৯।। অচম্বা মণিদসু কবমনা মসেং তাদ্রিবনো খনবদা ফংঙমদবা ওই। শ্রীকৃষ্ণগী খনবদা ফংঙমদ্রবা শক্তি ওইবদা করিগী ঙক্কনি ঙকলোই ।।১২০।। ওঁকাব প্রণবনা অথোইবা য়াহৈনি বেদগী পোকফমনি। ঈশ্বরগী মশক্তি প্রণবনা অয়াম্বা জগৎকী পোকফম লৈফমনি ।।১২১।। পুম্নমকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মশক্তো প্রণবনা পুমনমক্তা তাকলি । তত্ত্বমসি (জীব নং ঈশ্বরনি) হায়ব অসিদি বেদগী মপুং নত্তে মচংনি ।।১২২।। ওঁকাব প্রণবনা মপুং মহাবাক্যনি, মদুবু কুপছিন্দুনা সঙ্করাচার্য্যনা। লিংথংতুনা তত্ত্বমসিবু মপুং মহাবাক্যনি হায়বদো ওন্নরবনি ।।১২৩।। অরেপ্পদি অয়াম্বা বেদন্তসূত্রদা শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু লেপ্পা হায়রি । অদুম্বা হায়বদো থাদোকতুনা মশাদগী হোংদোক্পা লক্ষনা অর্থবু হায়রে ।।১২৪।। শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মশক তাকপদা বেদনা কোকৃথকী মণিনি । শ্রীকৃষ্ণগী মশক হোংদোক্না হায়দুনা কৃষ্ণগী অরেপ্পা মশকপু মাংহল্লে ।১২৫।। মতৌ অসুমনা সূত্র খুদিং-দা হায়গদবা থাদোক্তুনা। অয়াংপা নত্তবা অর্থবু শেমগত্তুনা হায়রে। অদুনা তাদবনি ।।১২৬।। শ্রীচৈতন্যনা মতৌ অসুমনা বেদন্তসূত্রদা অকাইবা তৌথিবা অর্থদো উহল্লি । মদু তাবদা প্রকাশানন্দ-নচিংবা সন্ন্যাসশিংনা ঙকলে ।।১২৭।। প্রকাশা-নন্দনচিংবা সন্ন্যাসশিংনা হায তাবিম্মু শ্রীপাদ । নংনা লাল্লে ককলিবা অর্থদো অমুক য়েং-নিংঙাই লৈতবে ।।১২৮।। সঙ্করাচার্য্যনা নত্তবা শেমগৎপা অর্থনি হায়বা পুম্নমক্না থংই। অদুবু মতুংইন্না চৎলকপনা মদুবু লৌদুনা চংনরি ইবুংঙোগী অবেপ্পা অর্থদো হায়বু য়েংসি লৌসি । অদুদা সূত্র পুম্নমক্কী অরেপ্পা অর্থদো প্রভুনা হায়বকলে ।।১৩০॥ ব্রহ্ম হায়বসি অচৌবা মশক্তি শ্রীকৃষ্ণবু হায়বনি। তৌবা ঙম্বা তকক্না থল্লবা অথোইবা অবেপ্পা মীপুক হুবগী মফমনি ।।১৩১।। মায়াগী মনম্ পকত্রবা অবেপ্পা অথংবা মুংঙাইবা অদুমগী মশক শ্রীকৃষ্ণনি। হায়না অয়াম্বা বেদ পুম্নমকনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংগদবা সম্বন্ধনি লাওবি ।।১৩২।। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু চিং শক্তিবু য়াদদুনা মশক পান্দে হায়বে। শ্রীকৃষ্ণগী মশক তংথাই য়াত্রবদি মশক্তো অপুন্নবা মাংই ।।১৩৩।। অরেপ্পা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা নাম মন্ত্র অশেংবা ভক্তি। অদু-গুম্বা। ভক্তিগী শ্রবণচিংবা অঙ্গশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা মশক্তি ।।১৩৪।। শ্রীকৃষ্ণগী হরিনাম, মন্ত্রবু গায়ত্রিবু বেদনা ভক্তি কৌই হায়রি। ভক্তিগা অঙ্গগা, পুন্না থোরাংবদগী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংগনি ।।১৩৫।। শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা প্রেম পোকলবা মতমদা। শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা মীদুনা অতোপ্পদা অপাম্বা লৈত্তে

।।১৩৬।। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না অথোইবা লম্নি মঙাগুবা কান্নবনি। শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুবা বসবু চাবা প্রেম্বু ফংলবদা অহুগুম্বা ।।১৩৭।। মনাই ভক্তনা প্রেমদগী শ্রীকৃষ্ণবু খুদুম চল্লি। প্রেমদগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী হুংঙাইবা আপনবা বসবু ফংডি ।।১৩৮।। সম্বন্ধ অভিধেয় প্রায়োজনবু, শ্রীকৃষ্ণনি, ভক্তিনি, প্রেম্নি লেপ্পা হায়রি। হায়রিবা অর্থ অহুমসি অয়াম্বা বেদান্ত সূত্রশিংদা লেপ্পা ফংগনি ।।১৩৯।। মতৌ অহুমনা সূত্রশিংগী প্রভুনা হায়বা মুখ্য অর্থবু ভাবদা। প্রকাশানন্দনচিংবা সন্ন্যাসশিংনা নোল-লুবা হায়রকই ।।১৪০।। বেদগী মশক মবুংঙোনা সংসংবা শ্রীকৃষ্ণনি ঐখোইন। অহানবদা অকাইবা হায়খিবগী অপরাধদা ডাকপীয় খুকমজরি।।১৪১।। কৃপাদগী সন্ন্যাসশিংগী পুরিং প্রভুদা লৈসল্লকলে। খুকমজরে ।। শ্রীকৃষ্ণগী নামবু ঐখোইনা তত্তনা শোনজবগে হায়জবকলে ।।১৪২।। মতৌ অসুম্না মখোই পুম্নমক্কী অপরাধ কোকপীরে। মখোই পুম্নমক্কা থৌজানবিহুনা প্রভুনা কৃষ্ণগী নামবু শোনহল্লে ।।১৪৩।। মতম অদুদা প্রভুনা অয়াম্বা সন্ন্যাসশিংগা লোইননা। প্রসাদিবু ইবুংঙোনা ময়াইদা ফমহুনা ময়ামগা পুন্না ফংমিন্নৈ ।।১৪৪।। লোইননগা শ্রীমহাপ্রভুনা লৈফম যুম চন্দ্রশেখরগীদা লাকলে। অসিগুম্বা অঙকপা লীলাবু শ্রীগৌরাঙ্গনা শাম্নরি ।। ১৪৫ ।। চন্দ্রশেখর তপনমিশ্র-সনাতন অহুমন্না। তারবদা উরবদা মখোইগী পুক্নিংদা য়াম্না নুংঙাইরে ।।১৪৬।। প্রভুবু উনিংহুনা সন্ন্যাসশিংনা লাক্কুনা চরন্দা খুকমজরি। প্রভুগী কৃপাগী গুণবু অয়াম্বা বারানসীশিংনা থাগত্তুনা শোন্নৈ ।। ১৪৭ ।। বারানসী পুরীদা লাকলগা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা। লৈফমগা লোইননা মীয়াম পুম্নমক বৈষ্ণব ওইহল্লি ।।১৪৮।। মতমহুদা প্রভুবু উনিংহুনা মীয়াম লক্ষ লক্ষ লাকলে। য়াম্না চিন-থরে মকমদো থোংদা চংবা ঙমদরে ।। ১৪৯ ।। মতমহুদা প্রভুনা বিশ্বেশ্বর মহাদেব দর্শন চৎপদা। মীয়াম লক্ষ লক্ষ লাক্কুনা মফম অদুদা তিলনৈ ।।১৫০।। প্রভুনা গঙ্গাদা স্নান লেংলকপা মতমদা গঙ্গাগী মপান্দা। গঙ্গাদা অয়াম্বা মীয়াম্না য়াম্না চিন্না শিনথুংখরে ।।১৫১।। শ্রীগৌরাঙ্গনা পাম্বোম থাঙ্গৎহুনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লু লাওরকই। মীয়াম্না কৃষ্ণ শোনবগী ধ্বনিনা মবাল অহুম থনখরে ।।১৫২।। জগৎ লানবিনবগীদমক্তা প্রভুনা ক্ষেত্রদা লেংলগে থনলবদা। মনাই সনাতনবু শ্রীবৃন্দাবন্দা থাহুনা লৈহলখি ।।১৫৩।। অহিং নুংখিল মীয়ামগী নিন থোংবা অমসুং চিনবা উবদা। বারানসীবু থাদোক্কুনা নীলাচল্দা লেংঙকলে লৈবরে ।।১৫৪।। অসিগুম্বা লীলাসি কোন্না শন্দোক্না হায়রকনি। মফমসিদা প্রসঙ্গ ফংনা শুপ্পা হায়জবরসিনি ।। ১৫৫ ।। অসিগুম্বা পঞ্চতত্ত্বগী মশক শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্যনি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম পীহুনা জগৎপু অভাংবা বৈষ্ণব ওইহল্লি ।। ১৫৬ ।। শ্রীবৃন্দাবন্দা থাহুনা লৈহল্লগা শ্রীরূপ সনাতন অনিনা। সেনাপতি অনিওইহুনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিবু য়েম্বোকহল্লি ।।১৫৭।। শ্রীনিত্যানন্দ গোসাঞিবু গৌড় দেশদা লৈহল্লগা। থোইদোকনা মানা থাকচবা লৈতনা প্রেমবু পি, ভক্তিবু য়েম্বোকই ।। ১৫৮ ।।

শ্রীচৈতন্যনা দক্ষিন দেশদা লেংহুনা তীর্থ খুদিংদা। দেশ খুন খুদিংদা কৃষ্ণগী নাম প্রেম ভক্তিবু যে-ম্বোকই ।।১৫৯।। সেতুবন্ধ ফাওবা লেংহুনা প্রেম ভক্তিবু ময়ামদা ফংহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিবু

পীনতুনা কলিগী মীয়ান্বু লালবিরি ॥১৬০॥ অসি-
গুম্বা পঞ্চ তত্বগী মরম পুন্নমক হায়জবে। অসিবু
তাবদা শ্রীচৈতন্যগী অবেপ্পা মশকপুথংজগনি।১৬১॥
শ্রীচৈতন্য নিত্যানন্দ শ্রীঅদ্বৈত কোবা অহুম।
শ্রীবাস গদাধরনচিংবা অয়াম্বা ভক্তশিং ॥১৬২॥
পুন্নমক্কী চবণ থম্বান্দা কোটিবক খুকমহুনা। অস্নমা
শ্রীচৈতন্যগী লীশাবু খজিক্কং হাযজৈ ॥ ১৬৩ ॥
শ্রীরূপ বঘুনাথগী চবন্দা ঐনা খুকমহুনা। শ্রীচৈতন্য
চবিতামৃতব কৃষ্ণদাসনা হাযজবি ॥১৬৪॥

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত আদি খণ্ডদা পঞ্চ তত্বগী অবেপ্পা মশক হায়বা
তরেংশুবা পবিচ্ছেদনি।

# অষ্টম পরিচ্ছেদ

বন্দে চৈতন্যদেবং তং ভগবন্তং যদিচ্ছয়া। প্রসভং নৃত্যতে চিত্রং লেখরঙ্গে জড়োঽপ্যয়ম্ ॥ ১ ॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ তন্ত্রবচনম্ঃ—

জ্ঞানতঃ সুলভা মুক্তির্ভুক্তির্যজ্ঞাদিপুণ্যতঃ। সেয়ং সাধনসাহস্রৈর্হরিভক্তিঃ সুদুর্লভা।২॥

**অন্বয়ঃ**।—জড়ঃ- ফকৃচন্পবা, অপি—ওইহুনমকপু, অয়ং ঐ অসিনা, যদিচ্ছয়া- শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা, লেখরঙ্গে—ইজবিবা হাবাওফমদা. প্রসভং—মবাং কাইনা, চিত্রং—অঙকপা, নৃত্যতে—জগাই শাহল্লি, তং—অদুগুম্বা, ভগবন্তং—মতিকচাওবা, চৈতন্য দেবং—শ্রীচৈতন্য দেববু, বন্দে—ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—জ্ঞানতঃ- জ্ঞানদগী, মুক্তি- মুক্তিনা, সুলভ—ফংই, যজ্ঞাদিপুণ্যতঃ—যজ্ঞনচিংবা পুণ্যদগী, ভুক্তিঃ—স্বর্গনচিংবা মুংঙাইবা ফংই, সেয়ং- অদুগুম্বী, হরি ভক্তি- শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিদি, সাধনসাহস্রৈঃ—সাধন লিশিংনসু, সুদুর্লভা—ফংঙমদবানি। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**।—ফকৃচন্বা ওইহুনমকপু ঐ অসিনা, শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা ইজবিবা বঙ্গ ভূমদা মবাং কাইনা অঙকপা জগাই শাহল্লি। অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য দেববু ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্রবু হন্না হন্না খুরুম্জৈ। থোইদোক্না মুংঙাইবর শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না খুরুমজৈ ॥১॥ থৌজানগী মশক শ্রীঅদ্বৈতবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীগদাধর পণ্ডিতঃ মহাশয়বু হন্না হন্না খুরুম্জৈ ॥২॥ অয়াম্বা শ্রীবাসনচিংবা ভক্তশিংবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। পুম্নমক্কী চরন্দা নোল্লুক্না ঐনা খুরুমজৈ ॥৩॥ পুম্নমক্কী নিংশিংজবদা লোনথোক্তববু কবি ওইহল্লি। থোংতেকপবু চীং লালহল্লি মিত্তাংববু খরানমিচাক উহল্লি ॥৪॥ পঞ্চতত্ত্ব যাদ্রবা পণ্ডিত ওইবা মীশিংদো। মথোইনা তম্মীবা মহৈনা চাংবদো হংডোই থোংবগুম্বনি ॥ ৫ ॥ পঞ্চ তত্ত্ব য়াদবা মীহুনা শ্রীকৃষ্ণবু ভক্তি তৌবা। মঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজান্দে মানা কৃষ্ণ ফংদে ॥৬॥ মমাংদৌ স্বাপুরদা জরাসন্ধনচিংবা নিংথৌশিংনা। বেদ ধর্মনা শ্রীবিষ্ণুবু পুজা তৌই অদুবু ॥৭। শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবদগী শ্রীকৃষ্ণ ফংদে মথোইবু হিংচাবনি হায়গি। অদুম্না শ্রীচৈতন্যবু যাদবা মাবু হিংচাবনিংখংগনি ॥৮॥ অদুনা চৈতন্যনা ঐবু য়াদবা অযাম্বা মীশিংদা মাংলগনি খন্দুনা। প্রভুনা থৌজানবিদুনা মরম অসিগীদমক্তা সন্ন্যাস তৌরগ লেপলে ॥ ৯ ॥ সন্ন্যাসনি খন্দুনা ঐগন্দা খুকমলক্কনি। মতুদা অরাবা কোকপীগ লানবীগ হায়দুনা সন্ন্যাস তৌর ॥১০॥ অদুম্না জীববু লালবিবিবা থৌজানগী মশক চৈতন্যবু নিংদবা মীহুনা। পুম্নমক্তা অথোইবা ওইরসন্নু মাবু হিংচাবদা শিংথানবগনি ॥১১॥ মরম অদুনা পাম্বাম্ থাঙ্গত্তুনা হন্না হন্না লাওজবি। ফত্তবা অকাইবা থাদোক্তুনা শ্রীচৈতন্য নিত্যাইবু নিংউ ॥ ১২ ॥ হায়বা মতম অসিদা তার্কিকশিংনা তর্ক অদুনা অবপনি নিংবা। মীহুনা শ্রীচৈতন্যবু নিংজবনা তর্ক শাস্ত্রগী অপংবনি ॥১৩॥ শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী থৌজানহৈববু খন্দুনা য়েংউ। খল্লবগা পুক্নিংদা অঙকপা ফংনা মুংঙাইগনি ॥১৪॥ শ্রীচৈতন্যবু নিংদনা অযাম্বা মপাক্তা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৫ স্কন্ধে ৬ অঃ ১৮ শ্লোকঃ—

রাজন্ পতির্গুরুরলং ভবতাং যদূনাং দৈবং প্রিয়ঃ কুলপতিঃ ক্ব চ কিঙ্করো বঃ।
অস্ত্বেবমঙ্গ ভজতাং ভগবান্মুকুন্দো মুক্তিং দদাতি কর্হিচিৎ স্ম ন ভক্তিযোগং ॥৩॥

শ্রীমদ্ভাগবতে ২য় স্কন্ধে ৩ অঃ ২৪ শ্লোকঃ—

তদশ্মসারং হৃদয়ং বতেদং যদ্গৃহ্যমাণৈর্হরিনামধেয়ৈঃ।
ন বিক্রিয়েতাথ যদা বিকারো নেত্রে জলং গাত্ররুহেষু হর্ষঃ ॥৪॥

---

**অন্বয়ঃ**।—রাজন—হে নিংথৌ, মুকুন্দঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, ভবতাং—নখোইগী, যদূনাং—যদুশিংগী, চ—অমসুং পতিঃ—মপুনি, অলং—থোইদোক্না, গুরুঃ—গুরুনি, দৈবং—থৌগনফমনি, প্রিয়ঃ—চান্নবনি, কুলপতিঃ—শাগৈগী মপুনি, ক্বচ—করিগুম্বদসু, বঃ—নখোইগী, কিঙ্করঃ—ননাইগুম্না হাযবা ইল্লি, অঙ্গ—হে পরিক্ষিৎ এবং—অসুম্না, অস্তু—ওইসনু, ভগবান—শ্রীকৃষ্ণ ভগাবান্না, মুক্তি—মুক্তিবু, দদাতি—পী, কর্হিচিৎ—করিগুম্বদসু, ভক্তি যোগম্—প্রেম ভক্তিবু, নস্ম—পীদে। ইতি ॥৩॥

**অন্বয়ঃ**।—তং—অদুগুম্ব', হৃদয়ং—থম্মোইদো', অশ্মসারং—য়োং অমসুং নুংনি, যং—মরম অদুনা, বত—ওস্থোকপনি, ইদং—থম্মোইসিনা, যদ—মতম অদুদা, নেত্রে—মিত্তা, জলং—পি শিনথৈ, গাত্রকহেষু—তু পুম্নমক্ত', হর্ষঃ—হবাওনা চুংই, বিকার—শকফমসি ওই, গৃহমানৈঃ—শোল্লবা লৌরিবা, হরি নাম ধেয়ৈঃ—হরি নাম থিবিক্না নরম ওইদুনা, নবিক্রিয়েত পেমগী বিকার ফংদ্রবদা অপরাধনি। ইতি ॥৪॥

---

তাকবা শোল্লুবা মতমদা। অদুমকপু শ্রীকৃষ্ণগী চবন্দা প্রেমধনবু ফংদ'ব ॥১৫॥

**অনুবাদঃ**।—জ্ঞানদগী মুক্তিনা ফংই, যজ্ঞন-চিংবা মুংডাইবা ফংই। অদুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিদি সাধন লিশিংনসু ফংডমদবীনি। ইতি ॥২॥ ভক্তিনা নিংবদা শ্রীকৃষ্ণনা মতমতুদা মুক্তি ভক্তিবু পীবগা লৈথাকতুনা লৈ। কবিগুম্বদা প্রেম ভক্তিদি পীদ লোংতুনা থম্মী। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীশুকনা হে নিংথৌ। শ্রীকৃষ্ণনা নখোইগী অমসুং যদুশিংগী মপূনি, থোইদোক্পা গুরুনি, থৌগনফমনি চান্নবনি, শাগৈগী মপুনি, করিগুম্বদসু নখোইগী ননাইগুম্না হায়বা ইল্লি। হে পরীক্ষিৎ অসুম্না ওইসনু অদুবু শ্রীকৃষ্ণভগবান্না মুক্তি পী, করিগুম্বদা প্রেম ভক্তিবু ফাওনা পীদে। ইতি ॥৩॥

শ্রীকৃষ্ণনা পীদবা প্রেম ভক্তিবু পুম্নমক্না শ্রীচৈতন্যনা পীদি। [illegible]তোপ্পনী করি হায়নি জগাই মাধাই য়েৌনা প্রেম ভক্তি পীবি ॥১৭॥ মপু ওইবা মনিং তম্বা শ্রীচৈতন্যনা ভাণ্ডারদগী থুপলবা প্রেম ভক্তিবু। থল্লুবা লৈতনা মী মীতুদা পুম্নমক্না য়েন্দুনা পীখোকই ॥১৮॥ য়েংউ ডসি ফাওবদ, শ্রীচৈতন্যগী নাম তেক শোনবদা মীতুনা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা পি তাই. তু চুংই মীতুনা ডাওবি ॥ ১৯ ॥ মীতুনা শ্রীনিত্যানন্দগী নাম শোনবদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফংই। প্রেমগী পি শিস্থরে মশা পুম্নমকসু হিক-থতুনা তারে ॥ ২০ ॥ উশিত্তবা তৌদনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনগনি প্রেম ফংগনি। উশিত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লবদি প্রেমগী মশক ফংলোই ॥ ২১ ॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীশৌনকনা হে সুত! শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবা মতমদা পি শিন্থৈ, হকচাংদা তু পুম্নমক হবাওনা চুংই, শকফমসি ওই। ওস্থোকপনি থম্মোইসিনা নাম শোনবতনা মরম ওইনা প্রেমগী মশকপু ফংদ্রবা অদুগুম্বা থম্মোইদো য়ুংনি য়োংসি অপরাধ লৈবননি। ইতি ॥৪॥

অপরাধ তৌদনা নাম অমুক শোনবদা অয়াম্বা পাপপু কোকই। প্রেমগী পোক্কম ভক্তিম্বু কোং-দোকলকই ॥২২॥ প্রেম পোকই, পোকলবদা প্রেমগী শকথম ওই। মহুদি হুমাং, পি তাবা, তুচুংবা নিকপমচিংবা হিক, হিক, লাওবা ॥২৩॥ শকফমসি ওই। মায়া কোক্তুনা অয়াবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংই। হরিনাম অমুক শোনবগী ফলনা হায়রিবা লনসি ফংই ॥২৪॥ মতম অতুদা অতুগুম্বা হরিনামবু হন্না হন্না শোনবা। মতম অতুদা প্রেম পোকত্রবা মীত্তা পি তারকত্রবা ॥২৫॥ মতম অতুদা চংথোন্না অপরাধ লৈরে থংগনি। অপরাধ লৈবা থম্মোইদা থাবা কৃষ্ণগী নামগী বীজদগী ময়োন চোংদে ॥২৬॥ শ্রীগৌর নিত্যাইনা অফ, ফত্ত থান্দ পুম্নমকতা অপরাধ কোকপি। হরিনাম শোলহল্লি প্রেম পী, মিত্রা পী তাহল্লি ॥২৭॥ অতুনা মনিংতম্বা মপু শ্রীগৌরাঙ্গনা ডমখৈ নাইদনা পীনহৈবনি। শ্রীগৌরাঙ্গবু নিংত্রবদা কবিগুম্বদা মীতু লাল্লরোই ॥২৮॥ হে অপংবা শ্রীচৈতন্যগী তত্ত্ব থংদবশা চৈতন্য ভাগবত তাও। শ্রীচৈতন্যগী অবেপ্পা তত্ত্ব পুম্নমক তাবদগী থংগনি ॥২৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু শ্রীভাগবত্তা শ্রীব্যাসনা হায়খি। শ্রীচৈতন্যগী লীলাগী ব্যাস ওইবা শ্রীবৃন্দবন দাসনি ॥৩০॥ শ্রীচৈতন্য ভাগবতপু শ্রীবৃন্দাবন দাসনা লেংই। শ্রীচৈতন্য ভাগবত তাবদা অয়াম্বা যত্তবা মথৈ কোকই ॥৩১॥ তাবদগী শ্রীগৌর নিত্যাইগী অবেপ্পা মতিক্কী মশাকপু থংগনি। শ্রীচৈতন্য ভাগবত্তগী শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিগী অরেপ্পা ডমখৈ থংগনি ॥৩২॥ শ্রীভাগবত্তগী অয়াম্বা ভক্তিগী সিদ্ধান্তগী মচিবু, লোতুনা চৈতন্য ভাগবত্তা ইরিবন্থু বাংলগা মায়াদগী লালগনি ॥৩৩। মতমসিদা পাষণ্ডী যবন্‌শিং চৈতন্য ভাগবত তাবদগী মথোইনা থৌজিক মাহা বৈষ্ণব ওইরি অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংলি ॥৩৪॥ অসিগুম্বা অতাংবা চৈতনা ভাগবতপু মীনা লেংবা ডমদে। শ্রীবৃন্দবন দাসগী মফমদা শ্রীচৈতন্যনা হায়তুনা লেংবনি ॥৩৫॥ অতুনা শ্রীবৃন্দবন দাসগী চরন্দা কোটিরক থুরম্নী। মানা লাইরিকসি লেংতুনা জগৎনা মায়াদগী লাল্লি ॥৩৬॥ শ্রীনারায়ণীনা শ্রীচৈতন্যগী অরেম্বা চাবদগী। মাগী গর্ভদগী শ্রীবৃন্দাবন দাস পোকপনি ॥৩৭॥ মানা শ্রীচৈতন্যগী লীলা লেংবদা করি ডকনি। মরোল অহুম্না চৈতন্য ভাগবত তাবদগী অশেংবা ওই ॥৩৮॥ মবম অতুনা জগৎ জীব পুম্নমক্না শ্রীচৈতনা নিত্যাইবু নিংঙু। স সাবগী অরাবা কোকনি প্রেমগী মুংডাইবা ফংগনি ॥৩৯॥ শ্রীবৃন্দাবণ দাসনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত লেংবদা। মতুদা শ্রীচৈতনাগী লীলা পুম্নমক লেংখবে ॥৪০॥ সুত্রনা অয়াম্বা লীলা পুম্নমক হান্না লেংথোকলে। অতুদগী মতুংদা শ্রীচৈতন্যগী লীলাবু সান্দাক্না লেংই ॥৪১॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি পাকই মপান নাইদে। অতুনা লেংউ লেংউবগা লাইরিক চাওবকলে ॥৪২॥ চাওববু উবদা থজিক্কং পুক্লিংনা চিংনতুনা। লীলাবু সুত্র ওইনা তৌরগা শন্দোক্না লেংদ্রে ॥৪৩॥ শ্রীগৌরনিত্যাইনা সন্ন্যাস তৌদ্রি-ডৈগী লীলাদা পুক্লিং চংনা লেংখ্রে। শ্রীচৈতন্যগী সন্ন্যাসগী মতুংগী লীলাদি মথাক লৈহৌবে ॥৪৪॥ মথাক লৈহৌরিবা লীলাগী মশাক্তা তানিংতুনা। য়াম্না থোবাংবা ওইতুনা ব্রজদা লৈবা ভক্তশিংনা ॥৪৫॥ শ্রীবৃন্দাবনগী কল্পবৃক্ষ মখোংদা রত্ন মন্দিরগী। মতুংদা মহাযোগ পীঠ কোবা বত্নসিংহাসন লৈ ॥৪৬॥ মতুদা ফমতুনা তত্তনা শ্রীবাধাকৃষ্ণনা লৈ। শ্রীগো-বিন্দ কৌই সংসংবা কামগী কামনি ॥৪৭॥ মতুদা অঙকপা মথলগী অথোইবা সেবাবু তৌরি। মক্তুবা পোৎ মক্তুবা ফি মক্তুবা লৈতেংশিংনা ॥৪৮॥ অত্তৎপা লৈতন্না সেবক লিশিং অমনা সেবা তৌরি। সেবাদো চিন শিজিং অমনা হায়বদা লোক্লবা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৫ স্কন্ধে ১৮ অঃ ১২ শ্লোক ঃ—

**যস্যাস্তি ভক্তির্ভগবত্যকিঞ্চনা সর্ব্বৈর্গুণৈস্তত্র সমাসতে সুরাঃ।**
**হরাবভক্তস্য কুতো মহদ্গুণা মনোরথেনাসতি ধাবতো বহিঃ ॥৫॥**

**অন্বয়ঃ**।—যস্য—মী অতুগী, ভগবতি—শ্রীকৃষ্ণদা অশেংবা ভক্তিনা, অস্তি—লৈবা, তত্র—মীতুদা, সুরাঃ—লাইশিংনা সর্ব্বৈঃ—অয়াম্বা, গুনেঃ—গুণশিংনা, সদাসতে—চংখোম্না লৈ, মনোরথেন—পুকনিংগী রাথন্না. আসতি—লেপ্তুবা, বহিঃ—মপান্দা, ধাবতঃ—চেল্লীবা, হরৌ অভক্তস্য—শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি লৈতবা মীগীদি, কুতঃ—করিদগী, মহদ্গুণাঃ—অথোইবা অফবা গুণ্না ওইগব', ওইবোই। ইতি ॥৫॥

ভমলোই ॥৪৯॥ সেবাগী মপুদি শ্রীপণ্ডিত হরিদাসনা ওইরি। মাগী মগুন্না, মিংচৎনা জগত্তা ফোংদোক্না ফাওরি ॥৫০। লমচৎ কঞ্জে অথাং কল্লি তপ্নী পীনহৈ সুকই। রাহৈ থুম্মী মতৌ-সুংশি য়াম্না তপ্নী ॥৫১॥ পুম্নমক্কী ইকাইখুমনৈ সয়া৯গী ফনবা তৌই। অথোইবা নাপন হিংসা রাহলবনচিংবা তৌদে ॥৫২॥ শ্রীকৃষ্ণগী অতুম্না পুরিবা অরেপ্পা গুণ য়াংথৈদো। পুম্নমক্না মাগী মশাদা লৈববা বৈষ্ণবনি ॥৫৩॥

**অনুবাদঃ**।—মীতুগী শ্রীকৃষ্ণদা অশেংবা ভক্তিনা লৈবা মীতুদা লাইশিংনা, অয়াম্বা গুণশিংনা চং খোম্না লৈ। অতুগা পুরিংগী রাথন্না লেপ্তুবা মপান্দা চেল্লিবা, শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তি লৈতবা মীগীদি কবিদগী অথোইবা অফবা গুণ্না ওইরোই। ইতি ॥৫॥

শ্রীগদাধবগী শিষ্য অনন্ত আচার্য্য কৌবা। য়াম্না ভুলরিংবা পীনহৈবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মশক ওইবা হকচাংদি ॥৫৪॥ মাগী লোমদ্রবা মগুণবু কনানা ফোংদোকবা। মাগী শিষ্যনি শ্রীপণ্ডিত হবিদাসন্দা ॥৫৫॥ শ্রীচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দবু মানা থোইদোক্না থাজৈ। শ্রীচৈতন্যগী চবিত্তা মাগী থোয়দোক্না সুংভাইজৈ ॥৫৬॥ অকাইবা য়েংদে বৈষ্ণবকী প্রেমগী শুপ্তা লোই। পুক্নিং হকচাং য়াথংনা বৈষ্ণবপু পেল-হল্লি ॥৫৭॥ মানা অতৎপা লৈতনা চৈতন্যভাগবতপু ভাই। মাগী থৌজান্না বৈষ্ণবশিংসু-তাবা ফংলে ॥৫৮॥ রস ভাংনবাসভাদা মানা অনিনবা থাগুম্না ভাল্লি। মাগী গুণ অমৃতনা বৈষ্ণবশিংগী সুংভাই-হল্লি ॥৫৯॥ শ্রীপণ্ডিত হরিদাসনা ঐভোন্দা য়াম্না চানবিত্না যাথং পি। শ্রীচৈতন্যগী শেষ লীলাবু লেংনবগীদমক্তা ॥৬০॥ শ্রীকাশীশ্বব গোসাঞিগী শিষ্য গোবিন্দ গোসাঞি। শ্রীগোবিন্দগী অচানবা মনাইনি মাগা মান্নবা লৈতে ॥৬১॥ শ্রীরূপকা যাদবাচার্য্যগা লুনা তিন্নজৈ। শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা মানা য়ামনা হরাওজৈ ॥৬২॥ শ্রীগদাধবগী শিষ্য শ্রীভূগর্ভ গো-সাঞি কৌবা। শ্রীগৌবাঙ্গগী লীলা নত্তনা মচিন্দা অতোপ্পা অমা ভাংদে ॥৬৩॥ মাগী শিষ্য গোবিন্দগী সেবা পুবা চৈতন্যদাস কৌবা। মুকুন্দানন্দ চক্র-বর্তী প্রেমী কৃষ্ণদাস কৌবা ॥৬৪॥ অদ্বৈতগী শিষ্য চক্রবর্তী শিবানন্দ ভক্ত। মাগী থম্মোইদা শ্রীগৌব নিত্যাইনা লৈবা ॥৬৫॥ অতোপ্পা অয়াম্বা শ্রীবৃন্দা-বন্দা লৈবা ভক্তশিংনা। শ্রীচৈতন্যগী শেষ লীলাব য়াম্না তানিংহুনা ॥৬৬॥ পুম্নমক্না থৌজানবীহুনা ঐভোন্দা লীলাবু লঙ্গৌ হাযনা। তাকপীবা বৈষ্ণব-শিংগী য়াথংনা ইকাইবা লৈতনা কৃষ্ণদাসনা ইজবনি ॥৬৭॥ বৈষ্ণবশিংগী যাথং ফংবনা থম্মোইদা ইজগে নিংহুনা। চক্লুনা শ্রীমদনগোপালদা য়াথং নিগে হায়বগীদমক্তা ॥৬৮॥ শ্রীচবন্দা খুরুম্মী দর্শন তৌই শ্রীকৃষ্ণদাস ঐনা। গোসাঞিদাস কৌবা পুজাবিনা চরণগী সেবা তৌরি ॥৬৯॥ শ্রীমদন-গোপালগী চরন্দা চরিতামৃত লেংজগে য়াথং নিজৈ। শ্রীমদনগোপালগী ডকশমদগী লৈপরেংনা হিক্থ

হুনা তারে ॥৭০॥ অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংনা হরিধ্বনি-তৌই। পূজাবিনা লৈপরেংবু ঐগী ভক্তা হুক-শীরে ॥৭১॥ য়াথং ফংলবদা ঐগী পুম্বিং হুংডাইবা ওইরে। খুদক অত্তুদা শ্রীচবিতামৃতবু লেংবা হৌজরে ॥৭২॥ শ্রীচৈতন্য চবিতামৃতসি ঐভোন্দা মদন মোহন্না লেংহনবনি। তেনরা মবোন তম্বীবগুম্না ঐগী খুৎনা ইজবনি ॥৭৩॥ শ্রীমদনগোপালনা ইহলবা অত্তু ইজবনি। মীত্রংনা লাইফদিবীবু জগোহ শাহনবগুম্বনি ॥৭৪॥ লেংদনা থোজানবীবা শ্রীমদন-মোহন্না ঐগী কুলগী ইবুংঙোনি। মাগী মনাই রঘুনাথ রূপ সনাতন কৌবগী অমদি ॥৭৫॥ শ্রীবৃন্দ-বনদাসগী পাদ পদ্মদা ঐনা নিংজহুনা। মাগী য়াথং লৌহুনা ইজবদা মঙ্গল ওইবি ॥৭৬॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা শ্রীবৃন্দবনদাসনা ব্যাস ওইরি। মাগী কৃপা নওনা অতোপ্পদা ফোংদোকলোই ॥৭৭॥ অপংবা অতোনবা, অপিবৃপা, অপাম্বা বিষযদ লুপলবা ঐনা। শ্রীবৈষ্ণবকী য়াথংনা পাঙ্গন্দুনা থৌনাফনা ইজরি ॥৭৮॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চবণগী কৃপাগী পাঙ্গন্না। মাবু নিংশিংজবদা অপাম্বা পুম্নমক থুংজবি ॥৭৯॥ শ্রীরূপ বঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুকমজহুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতব্ কৃষ্ণদাসনা হায়জে ॥৮০॥

ইতি শ্রীচৈতন্য চরিতামৃত আদি খণ্ডদা বৈষ্ণবকী য়াথংনা শ্রীচবিতামৃত লংজবনি হায়বা নিপানশুবা পবিচ্ছেদনি।

# নবম পরিচ্ছেদ

**তং শ্রীমৎকৃষ্ণচৈতন্যদেবং বন্দে জগদ্‌গুরুম্। যস্যানুকম্পয়াশ্বাপি মহাব্ধিং সন্তরেৎ সুখম্ ॥১॥**
**মালাকারঃ স্বয়ং কৃষ্ণপ্রেমামরতরুঃ স্বয়ং। দাতাভোক্তা তৎফলানাং যস্তং চৈতন্যমাশ্রয়ে ॥২॥**

**অন্বয়ঃ**।—জগদ—জগৎকী, গুরুং গুরু ওইবা, তং—অদুগুম্বা, শ্রীমৎকৃষ্ণচৈতন্য দেবং—নিংথিবনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যদেববু, বন্দে—ঐনা খুরুম্মী, যস্য—মাগী, অনুকম্পয়া—থৌজানতনা, শ্বাপি—হুই-তানসু, মহাব্ধিং—অচৌবা সমুদ্রবু, সন্তরেৎ—লানগদবা ওই। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—য'—মানা, স্বয়ং—মশানা, মাল্যকাবঃ—মপান থাদুনা মহৈ লোকপা মালাকারনি, স্বয়ং—মশানা, প্রেমামরতরুঃ—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী শিদবা উপাল্লি, তৎফলানা—উপানদগী মহৈশিংগী, দাতা—পীবিবনি ভোক্তা—চাবস্নুনি, ত'—অদুগুম্বা, চৈতন্যং—শ্রীচৈতন্যবু, আশ্রয়ে—ঐনা চংজরি। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**।—জগৎকী গুরুওইবা অদুগুম্বা নিংথিজবনা তিল্লবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতনাবু ঐনা খুরুম্মী। মাগী থৌজানতনা হুই তানসু অচৌবা সমুদ্রবু চংখোম্না লানগদবা ওই। ইতি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্রবু হন্না হন্না খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না খুরুমজে ॥১॥ শ্রীবাসনচিংবা গৌরভক্তশিংবু হন্না হন্না খুরুমজে। অপাম্বা পুম্নমকপু থুংনবগীদমক্তা মখোইবু নিংশিংজরি ॥১॥ শ্রীরূপ, সনাতন, ভট্ট রঘুনাথ কৌরবা। শ্রীজীবা গোপালভট্ট বঘুনাথদাস কৌবা ॥৩॥ পুম্নমকঅসিগী থৌজান্না শ্রীচৈতনাগী লীলাবু হনবু ইজবি। থংজবসু থংদ্রবসু ঐগী আত্মাসি শেংদোকচরি ॥৪॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীচৈতন্যনা মশানা মপান্ থাবা মালাকারনি মশানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী শিদবা উপাল্লি। উপানগী মহৈশিংগী পীবিবনি, চাবস্নুনি অদুগুম্বা শ্রীচৈতনাবু ঐনা চংজরী। ইতি ॥২॥

প্রভুনা হায় শ্রীবিশ্বম্ভর কৌবা ঐগী ইমিংসি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না জগৎ থলহল্লবা, মতমদুদা ইমিং মহৈ য়াল্লগনি ॥৫॥ অসি থন্দুনা প্রভুনা মালাকারগী ধর্ম্মবু লৌদুনা। শ্রীনবদ্বিপ্তা উপানগী মহৈ চাবা বনশেম্বা থবকপু হৌবে ॥৬॥ শ্রীচৈতনা প্রভুনা পৃথিবীদা ভক্তিগী মক পুবক্কুনা থাম্মাইদা। ভক্তি বীজ থাদুনা অনিংবা ঈশিংবু খিক্কুনা, পালহনবা ভক্তি উপানগী মহৈ প্রেমবু শ্রীগৌরাঙ্গনা চাবি ॥৭॥ শ্রীকৃষ্ণদগী শ্রীরাধানা, রাধাদগী শ্রীমাধবেন্দ্রনা ভক্তিবীজ ফংলবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না থল্লবা পুরীবু খুরুম্মী। মানা থম্মোইদা ভক্তিবীজ থাবগী ভক্তি কল্পবৃক্ষগী অহানবা ম'যাল্লি ॥৮॥ মহোন্দগী শ্রীঈশ্বর পুরীনা মপান মপুং ফাবরে। শ্রীচৈতন্য মালী ইবুংঙোনা মশা ওইনা লোংলে ॥৯॥ শ্রীচৈতন্যনা থাবসু ওই, লোংবা মশাসু ওই অতকপনি। মাগী শক্তিসি। লোংলকপা মশাশিংগী শ্রীচৈতন্যনা লোংফম মপাল মকনি ॥১০॥ শ্রীপরমানন্দ পুরী অমনি কেশব ভারতী কৌবা। শ্রীব্রহ্মানন্দ ভারতী অমদি ব্রহ্মানন্দ পুরী ॥১১॥ শ্রীবিষ্ণুপুরী, কেশব পুরী, কৃষ্ণানন্দপুরী। শ্রীনৃসিংহতীর্থপুরী অমদি সুখানন্দপুরী ॥১২॥ হায়বিবা মাপন অসিনা

শ্রীচৈতন্য উপান্গী মরূদা লেন্‌ফু অমম্বুং লোং-থোকপা মরা ওইরি। অসিগুম্বা লেনফুগা লোষ্ট-ননা মরানিপান্না ফাবদগী শ্রীচৈতন্য উপান্না লেংদে ॥১৩॥ য়াম্না তপপা শ্রীপবমানন্দপুরীনা ময়াইদা মরু লেনফু ওইরি। নিপান্না মাইকৈ নিপান্দা মরা নিপান্না লেংদনা ফাবি ॥১৪॥ অসিগুম্বা চৈতন্য উপানগী মশা ময়াম লোংই। মথক মথক্তা অযাম্বা মশাশিংনা লোংথোক্‌ই ॥১৫॥ মশা অমমম্‌দা মশা কুপ কুল লোংদুনা কোইশিল্লি। অচৌ অচৌবা মশাশিংনা ব্রহ্মাণ্ডশিংবু কুপশিল্লি ॥১৬॥ মশা অম-মমদগী মশা মচা চামা চামা লোংথোক্‌ই। অয়াম্বা লোংইবা মশাশিংদো কনানা শিংথাগনি ॥১৭॥ কয়ামরুম্‌দগী মরু মরু ওইবা মশাশিংগী মমিংবু সিংথাগে। অহানবদা উশাদগী লোংবা মশাদো হায়গে তাবো ॥১৮॥ শ্রীচৈতন্য উপানগী মথক্তা অচৌবা মশা অনি লোংই। অহানবা মশা অদ্বৈত অমনা শ্রীনিত্যানন্দনি ॥১৯॥ অনিসিদগী মশা ময়াম্না অমুক লোংথোকই। মশাদগী লোংথোকপা মশাশিংনা জগৎপু কুপশিনখ্রে ॥২০॥ অচৌবা মশা, মথং মশা অমুক মথংগী মশাশিং। অয়াম্বা লোংইবা মশাশিংদো মথোইবু কনানা শিংথারুগনি ॥২১॥ শিষ্য মথং শিষ্য অমদি অমুক মথংগী শিষ্য শিংনা। জগৎ শিনথু‌ থরে। মতুগী মশিং থাবা ঙমদ্রে ॥২২॥ হৈবোং পাম্বাদা মশাবু য়োমসিন্দুনা মহৈ ময়াম পানবগুম্না। চৈতন্য উপান্দা পুম্নমক্তা অতুম্না মহৈ ময়াম পাল্লি ॥২৩॥ অহানবা মশা অমদি মথং মশাশিংদা। অতুম্না পাল্লিবা মহৈশিংদো অমৃতদগী হেন্না হাওবনি ॥২৪॥ প্রেম উহৈনা মুল্লখদা অতুম্বা অমৃতদগী হেন্না থুম্বা। মহৈবু শ্রীচৈতন্য মালীনা চারি মমল লৌদনা য়েম্থোকই ॥২৫॥ মরোল অমুমনা লৈবা অয়াম্বা স্না, মণি, লনশিংনা। উহৈ অমগী মমল কদে অমুক তাংবা ডহেনি ॥২৬॥ কনানা নিরবস্থু নিত্রবস্থু মফমনি মফম নত্তে য়েংদনা। থল্লুদনা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা পুম্নমক্তা পীথোকই ॥২৭॥ উহৈদো থুজোক থুজোক থম্না চায়হুনা মাইকৈ মরিদা। য়েম্থোকলগা লাইরবনা থুন্দুনা চারগা মালীনা নোকই ॥২৮॥ শ্রীচৈতন্য মালাকাবনা হায় হে মশা পুম্নমক তারো হায়-বকই। উ মপানগী অচৌবা মশা, মথং মশা, অয়াম্বা মশাগী মথনশিংদো ॥২৯॥ অঙকপনি উপানস্থু অয়াম্বা মশাশিংস্থু হকচাং পানবগী থবকনি চত্তবা ওইরগা অচৎপগী ধর্ম্মবু লৌদুনা চৎলি ॥৩০॥ উপান অসিগী মশা পুম্নমক্তা অথংবা ওইরে। চাওথৎ লক্কুনা পুম্নমক্তা জগৎ শিনবা থুংই ॥৩১॥ শ্রীচৈতন্য উপান্না মশাশিংদা হায় ইতোমতনা কদাই কদাইদা চৎকবা। অমদি ঐ ইতোমতনা উহৈ কয়ামরুম পুদুনা য়েনগবা ॥৩২॥ ঐ ইতোমতনা পীবা হৌ-গৎলকপদা য়ামনা য়ারে। মতুদি কনানা ফংই কনানা ফংদে থনবদ ঙক্কুনা থংদ্রে ॥৩৩॥ মরম অদুনা ঐনা মশাশিং পুম্নমক্তা হায়রি। মফম থুদিংদা থেংন থেংনবদা প্রেম উহৈবু পীয়ু ॥৩৪॥ ইতোমতা মালাকার ঐনা কায়া য়াম্না উহৈবু চাগবা। পীথাকতনা উহৈশিংনা করি তৌগনি ॥৩৫॥ হে শাখাশা নংনা নংনা নিংবনা ঈশিং ওইদুনা তত্তনা উপান্দা থিকউ। অদুনা উপান্দা, মশাদা, মশিং নাইদবা উহৈশিং পানগনি ॥৩৬॥ মবমদুনা চাও নথোই পুম্নমক্তা অকং অফংবা মী-দুদা পীয়ু। প্রেম উহৈ চারগা মীদুগী অমাং অতা কৈতবা ওইসনু ॥৩৭॥ জগৎ থম্না ঐগী পুণানা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কন্ধে ২২ অঃ ২৪ শ্লোক —

**এতাবজ্জন্মসাফল্যং দেহিনামিহদেহিষু। প্রাণৈরর্থৈর্ধিয়া বাচা শ্রেয় আচরণং সদা ॥৩॥**

বিষ্ণুপুরাণে—৩।১২।৪৫

**প্রাণিনামুপকারায় যদেবেহ পরত্র চ। কর্ম্মনা মনসা বাচা তদেব মতিমান্ ভজেৎ ॥৪॥**

তথাহি—তত্রৈব শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কন্ধে ২২ অঃ ২৩ শ্লোকঃ ঃ -

**অহো এষাং বরং জন্ম সর্ব্বপ্রাণ্যুপজীবিনাম্। সুজনস্যেব যেষাং বৈ বিমুখা যান্তি নার্থিনঃ ॥৫॥**

**অন্বয়ঃ**।—প্রাণৈঃ—থৱাইথিবিকনা, অর্থৈঃ—লনথিবিকনা, ধিয়া—লৌশিংনা, বাচা—য়াথংনা, দেহিষু জীবশিংদা, সদা—মতম পুম্নমক্তা, শ্রেয়ঃ—অফববু, আচরণং—তৌবন, এতাবৎ—অতুপকী মথৈ, ইহ—পৃথিবীদা, দেহিনাং—হকচাং পানবশিংগী, জন্মসাফল্যং—পোকপগী মহৈ য়ানবনি। ইতি ॥৩॥

**অন্বয়ঃ**।—ইহ—হিংলিডৈদা, পরত্র চ—শিৱবদসু হন্না, প্রাণিনাং—জীবশিংগী, উপকারায়—তেংবাংনবগীদমক্তা, যৎ—অতুগুম্বা, মতিমান্—লৌশিং লৈবা মীনা, কর্ম্মণা—থবকন, মনসা—পুক্কিংনা, বাচা—য়াথংনা তদেব—মতুতবু, ভজেৎ—নিংগনি। ইতি ॥৪॥

**অন্বয়ঃ** —অহো—ওন্থোকপনি, সর্ব্ব প্রাণ্যুপজীবিনাম্—থৱাই পানবশিংগী হিংনবা ওইবা, এষাং—উপানশিংগী মপোক অসি, বরং—অথোইবনি, সুজনস্যএব—অফবা মীগুম্বনি, যেষাং—মখোইগী মফমদগী, অর্থিনঃ—নিরিবশিংনা, বিমুখাঃ—মমাই ওন্থোক্তুনা, বৈ—লপ্পা, ন যান্তি—চত্তে। ইতি ॥৫॥

ফাওবা ওইসনু। নুংডাইনা জগৎনা ঐগী মিংচৎ শরুসনু ॥৩৮॥ ভারত ভুমিদা মী ওইনা পোকপবা মী অতুগী। পোকপগী মহৈ য়ালহল্লু জীবগী ফনবা তেংবাংউ ॥৩৯॥

**অনুবাদঃ**।-থৱাই থিবিক্রা লনথিবিক্রা লৌশিংনা য়াথংনা জীবশিংদা মতম পুম্নমক্তা অফববু তৌবনা অতুপকী মথৈ পৃথিবীদা হকচাং পানবা শিংগী পোক্পগী মহৈ য়ানবনি। ইতি ॥৩॥

**অনুবাদঃ**।—হৌজিক হিংলিডৈদা অমসুং শিরবদসু জীবশিংগী তেংবাংনবগীদমক্তা অতুগুম্বা লৌশিং লৈবা মীনা থবকনা পুক্কিংনা য়াথংনা, তেংবাংনবা অতুতবু নিংগনি। ইতি ॥৪॥

মীওইবা মাল্লি ঐগী ইবল লৈত নিংথৌ ওইদে। ভক্তি উপানগী মপাল মহৈ পীতুনা ঐনা পুণ্যবু তাক্লরী ॥৪০॥ বীজ থাবসু উপানসু ওইবা ঐনা হাযাবব অপাম্বা আসদগী। ভক্তি উপানদগী ঐনা অয়াম্বা থৱাই পানবশিংগী তংবাই থহল্লি ॥৪১

**অনুবাদঃ**— শ্রীবৃন্দাবন অডা শিংদা হায় —ওন্থোকপি থৱাই পানবশিংগী হিংনবা ওইবা উপানশিংগী মপোক অসি অথোইবনি অফবা মীগুম্বনি। মখোইগী মফমদগী নিবরিবা মীশিংনা মমাই ওন্থোক্তুনা লপ্পা চংদে। ইতি ॥৫॥

উপান শ্রীচৈতন্য মালাকারনা য়াথংসি পীবরদা; মচৌ পিশক্ মশাথিবিক্রা য়াম্না নু ডাইজরে ॥৪২॥ মথোইনা থংনবা মী মীতুদা প্রেমউহৈব পীবে। জগৎ পুম্নমক্তা প্রেম ফল চাবদা ময়াই কাথরে ॥৪৩। প্রেমউহৈচারনা পুকথল্লগা হেন্না য়াম্না মযাই কাথরে। জগৎ পুম্নমক ময়াইকাহুনা নোক্ই জগোইশাই ঈশৈ শকই ॥৪৪॥ কনানা উংই কনানা লৈবাক্তা থবো থরা ওল্লি। মক্ত

অন্নগুম্বা হায়া দোষ তৌদুনা ভাংবশিংদো প্রেমদা ময়াই কাখরে। অন্নগুম্বা উহৈ প্রেমদো চারগা ফরে ফরে হায়না জগোই শারে ॥৪৮॥ শ্রীচৈতন্যনা প্রেমচাবা অমসুং য়েম্বোকপগী মরম অদু হায়জরবসিনি। তারো হৌজিক অদু অদুগুম্বা শাখা-শিংনা প্রেম উহৈ পীবদু হায়রগে ॥৪৯॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজদুনা। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়ঞ্জৈ ॥৫০॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী আদি খণ্ডদা খম্বোইদা ভক্তি বীজ থাবা, মহৈ প্রেমচাবগী মরম হায়বা মাপনগুবা পরিচ্ছেদনি।

# দশম পরিচ্ছেদ

শ্রীচৈতন্যপদাম্ভোজমধুপেভ্যো নমোনমঃ। কথঞ্চিদাশ্রয়াদ্‌যেষাং শ্বাপি তদ্‌গন্ধভাগ্‌ ভবেৎ ॥১॥
বন্দে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যপ্রেমামরতরোঃ প্রিয়ান্‌। শাখারূপান্‌ ভক্তগণান্‌ শ্রীকৃষ্ণপ্রেমফলপ্রদান্‌ ॥২॥

**অন্বয়ঃ**।—শ্রীচৈতন্যপদাম্ভোজ মধুপেভ্যো—শ্রীচৈতন্যগী চরণ খম্বালগী খোইম্‌ ওইবশিংবু, নমো নমঃ—হন্না খুরুম্মী, যেষাং—মখোইগী, কথঞ্চিৎ—কবিগুম্বা, আশ্রয়াৎ—চংজরুবদগী, শ্বাপি—হুইনাসু, তদ গন্ধভাক—চরণ খম্বালগী মনমগী শকরা, ভবেৎ—ওইগদবা ওই। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রেমামর-তরোঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা প্রেমগী শিদবা উপানগী, শাখারূপান্‌-লোংবা মশা ওইবা, কৃষ্ণ প্রেম ফল প্রদান—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম উহৈ পীবা, ভক্তগনান্‌-মনাইশিংবু বন্দে—ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥২॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীচৈতন্যগী চরণ খম্বালগী খোইম্‌ ওইবশিংগী চরণবু হন্না খুরুম্মী মখোইগী কবিগুম্বা চংজরুবদগী হুইনাসু শ্রীচরণ খম্বালগী মনমগী শকরা ওইগদবা ওই। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্য শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ শ্রীগৌর ভক্তশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥ অসিগুম্বা মালীগী, উপানগী হায়ভমদববু হায়রবনি। তৌজিক মরু ওইবা মশাগী মমিং হায়গে তারো ॥২॥ শ্রীচৈতন্যগোসাঞিগী অয়াম্বা লোইনবিবশিংগী। গুরুসু ওই মনাইসু ওই মখোইগী পুকচেন লেপ্পা ভমদে ॥৩॥ মতিক চাওরবা অয়াম্বা ভক্তশিংগী মশক্তো শিংথাবগে। কনানা লঘু গুরু নাইনা শিংথাবা ভমজবোই ॥৪॥ মরম অদুনা ভক্ত পুম্নমক্কী চরন্দা খুরুমজৈ। মমিংতা হায়জরগে ঐগী দোষ লৌবিনু ॥৫॥

**অনুবাদঃ**।— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা প্রেমগী শদবা উপান ওইবগী, মশা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম উহৈবু পীবা শ্রীগৌরগী চাম্নবা মনাইশিংবু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥২॥

শ্রীবাসপণ্ডিত অমদি শ্রীরামপণ্ডিত কৌবা। মচিনমনাও অনিসি জগতা মশা অনিসি ফাওরি ॥৬॥ শ্রীপতি শ্রীনিধি অনিসি শ্রীবাসগী মনাওনি। মচিন মনাও মরিগী মনাই হুপী হুপা মুমদা লৈ-বশিং ॥৭॥ মশা অনিদগী মথং লোংবা মশাশিংবু শিং থারি। শ্রীবাসগী ময়ূমদা মহাপ্রভুগী তত্তনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই ॥৮॥ মাগী শাগৈ অপুম্বা লোই-ননা শ্রীচৈতন্যগী সেবা তৌই। মথোইনা শ্রীগৌ-রাঙ্গ নত্তনা আতোপ্পা দেবা দেবী অমা থংদে ॥৯॥ শ্রীআচার্যরত্ন কৌবা অথোইবা মশা অমম্ভু লৈ। মাগা লেইনবা মাগী মশা মথং লোংবা মশা মচানি ॥১০॥ আচার্য্যরত্নগী মমিং অমনা শ্রীচন্দ্র শেখরআচার্য্য কৌই। শ্রীচৈতন্যনা মাগী ময়ূমদা দেবীগী পুকচেন্দা জগোই শাই ॥১১॥ পুণ্ডরীক বিদ্যানিধিশু প্রভুগী অচৌবা মশানি থংডি। মাগী মমিং কৌদুনা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা কপ্পী ॥১২॥ শ্রীগদাধরগোসাঞি অমা অচৌবা মশানি। মানা শ্রীলক্ষ্মীগী মশক্তি মাগা মান্নবা কনা লৈতে ॥১৩॥ মাগী শিষ্য মথং শিষ্য অদুগী মথংশিষ্য। অস্থুম তৌনা মথং মথং লোংবা অয়াম্বা মশাগী মশাশিংবু শিংথারি ॥ ১৪ ॥ যাম্না চান্নবা মনাই বক্রেশ্বর পণ্ডিত প্রভুগী মশানি। পুক্নিং লোংদনা য়ুথক কুল-মরি চুপ্পা জগোই শাই ॥ ১৫ ॥ মাগী জগোইদা শ্রীমাহাপ্রভুনা ঈশৈ শকই। অদুদা প্রভুগী চরণ কোন্দুনা বক্রেশ্বরনা হায় ॥ ১৬ ॥ হে চন্দ্রমুখ ঐ-ডোন্দা গন্ধর্ব্ব লিশিং অমা পীয়ু। মথোয়না শকপা মতমদা ঐনা জগোই শারগা হুংডাইনি ॥১৭॥ প্রভুনা হায় নংনা ঐগী ঈশা নাম্মনি। মতমসিদা ঈশা মান্না ফংলবদি আকাঙ্খদা পাইরমগদবনি॥ ১৮ ॥ [illegible]পণ্ডিত প্রভুগী থরাইশা মান্নবা মশানি। শ্রী[illegible] মশক্তি মানা জগতা ফাওরি॥১৯॥ সংসারগী বিষয়গী হুংডাইনবদা প্রভুবু য়োকে ডাকে মানা নিংই। করিগুম্বদা বৈরাজনিনা জগৎ কিবনা প্রভুনা মতু য়াদে ॥২০॥ মপু মনাইনা য়ানদত্রনা য়াম্না থংনৈ। মাগী হুংশিবগী য়া পুম্নমক কোম্না হায়রকে ॥ ২১ ॥ রাঘব পণ্ডিত প্রভুগী অহানবা তুংইনবা মশানি। মাগী য়রু ওইবা মশা অমনা মকরধ্বজকর কৌই ॥২২॥ মাগী মচনমুপী দময়ন্তী প্রভুগী প্রিয়-দাসীনি। মানা প্রভুগী হাননবা আচারনচিংবা থা ১২, কোন্ননবা শেম্মি ॥২৩॥ থাও মযামদা আ-চাবনচিংবদো থন্না হান্দুনা তুসল্লি। থুপ্পা তৌদুনা বাঘবনা ক্ষেত্রদা পুদুনা কংপা পূন্নমক্কুনা ॥২৪॥ থা তবানিথোই কোন্ননা ক্ষেত্রদা প্রভুনা মতু হাপ্পি। বাঘবগী ঝালি হাযনা মাগী অফাওবা ওইপি ॥২৫॥ পুন্নমকসি কোন্না মথাদা শন্দোক্না হাযবক্কনি। মতুগী মশাক্তো ভাবদগী ভক্তশিংগী প্রেম পোক-তুনা পী তাগনি ॥২৬॥ গঙ্গাদাস পণ্ডিতনা প্রভুগী য়াম্না চান্নবা মশানি। মহাক্কী নিংশিংবদগী মায়াগী অপুনবা কোক্কনি ॥ ২৭ ॥ শ্রীচৈতন্যগী লোয়নবা শ্রীআচার্য্য পুরন্দর কৌবা। মাবু শ্রীগৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা ইপানি হাযনা কৌই ॥ ২৮ ॥ হুংশিবদা চংথোল্লবা দামোদর পণ্ডিত প্রভুগী মশানি। প্রভুগী মথক্কা মানা অযা-য়াদা য়ায়ল্লি ॥২৯॥ য়ায়েনবদা শন্দোক্না মথাদা হায়বক্কনি। য়ায়েনবদা পেন্দুনা প্রভুনা মাবু নদীয়াদা থাই॥ ৩০ ॥ মাগী মনাও শঙ্কর পণ্ডিত্তো প্রভুগী মশানি। মাগী মমিংবু প্রভুগী চরণ উপধান হাযনা ফাওরি ॥৩১॥ প্রভুগী চরণ নিংবা সদাশিবপণ্ডিত প্রভুগী মশানি। অহানবদা মাগী ময়ূমদা শ্রীনিত্যানন্দনা লৈ ॥৩২॥ শ্রীনৃসিংহবু নিংবা প্রদ্যুম্নব্রহ্মচারী মশানি। প্রভুনা মাবু নৃসিংহানন্দ হায়না মমিং থোল্লি ॥ ৩৩ ॥ পুক-চেল চাওরবা নারায়ণপণ্ডিত মশানি। মানা শ্রীচৈতন্যগী চরণ নত্তনা অমত্তু থংদে ॥৩৪॥ প্রভুগী মনাই শ্রীমান পণ্ডিত মশানি। প্রভুগী জগোইদা

মানা দেউটী পায়দুনা থোগপ্লি ॥৩৫॥ য়াম্না লাইবক ফবা শুক্লাম্বর ব্রহ্মচারী মশানি। মাগী খুদিংমী চেং মুন্দুনা প্রভুনা চাখি ॥ ৩৬॥ জগন্না ফাওরবা নন্দনআচার্য্য মশানি। মাগী ময়ুমদা গৌর-নিত্যাইনা লোত্তুনা লৈ ॥৩৭॥ লাইরিক তম্বিম্নরকপদা মুকুন্দদো প্রভুগী মশানি। মাগী কীর্ত্তনদা শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনা জগোই শাই ॥৩৮॥ পুকচেল ফজরবা মনাই বাসুদেবদত্তনা প্রভুগী মশানি। চিন লিশিংনা মাগী গুণবু হায়বা ঙমদ্রে ॥ ৩৯ ॥ প্রভুদা বাসুদেবনা অয়াম্বা জগৎকী পাপ্পু পুহোগে। জীবনা লানথুসন্নু মহুং শিন্দুনা ঐ নরক্তা তাগে নিখি ॥৪০॥ অঙকপা লমচৎ চৎপা হরিদাস ঠাকুর প্রভুগী মশানি। অকাইবা লৈতনা নোংমগী হরিনাম লক্ষ ওহুম শোপ্লি ॥৪১॥ বারেন্দ্র ব্রাহ্মন ওইবা লোমদবা হরিদাসকী মগুণবু মপা লাক্তুনা হায়রি। শ্রীঅদ্বৈতনা মাবু থাজবা মশরি হায়দুনা প্রসাদ ফংহল্লি ॥ ৪২ ॥ কারিবা মাগী গুণগী ইপোমদো প্রহ্লাদগা মান্নে। পাংন্না হরিনামগীদমক শিননবা য়ৈবদা মাগী পিগুম লৈথিদে ॥৪৩॥ হরিদাস—মানা সিদ্ধ ফংলবদা হরিদাসকী হকচাংবু কোন্দুনা। শ্রীচৈতন্যপ্রভুনা য়াম্না হরাওনা জগোই শাখি ॥৪৪॥ হরিদাসগী লীলাদি শ্রীবৃন্দাবনদাসনা লেংথরে। লেংথুবগী অবেম্বদো কোন্না শন্দোক্না লেংঙক্কে ॥ ৪৫॥ মাগী মথংগী মশা অয়াম্বা কুলিন্ গ্রামগী মীশিং। সত্যরাজনচিংবা মাগী কুপাগী মফম ওইবনি মশানি ॥৪৬॥ প্রেমগী লৈফম শ্রীমুরারি গুপ্ত প্রভুগী মশানি। মাগী নোল্লুকপা তাবদা প্রভুগী থমোই পেংথরে ॥৪৭॥ গুপ্তনা কনাগী মরনস্থু দানস্থু লৌদে। মশা হিংনবা তৌই মচা মত্ত শংগৈস্থ য়োকই ॥৪৮॥ মীংহোন্দা মুংশিত্নব ক্লিদাক তৌবিক্তুনা লায়েংই। হকচাংগী অনাবা ময়াগী অনাবা অনিসি কোকহল্লি ॥৪৯॥ লুচিংবা মনাই শ্রীমানসে প্রভুগী মশানি।

মানা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু নত্তবা অতোপ্পা থবক। ৫০॥ পুন্নমক্তী মথক থোংবা মনাই শ্রীগদাধরদাস মশানি। পাওন কাজীশিংগী চিন্দা মানা কৃষ্ণ শোনহল্লি ॥৫১॥ মহুং চনবা মনাই শিবানন্দসেন প্রভুগী মশানি। মানা ভক্ত পুন্নমকপু ক্ষেত্রদা প্রভুগী নাক্তা পুই ॥৫২॥ মানা প্রভুগী ভক্ত সম্ভা পুবা থবকসি চঠি খুদিংগীনি। ভক্তশিংবু লম্বীদা লাকপদা ভাক শেলহুনা ক্ষেত্রদা য়ৌশিন্নৈ ॥৫৩॥ প্রভুনা মথাক অতুম থোকনা ভক্তদা থৌজানদুনা জীববু লানবী। মহুকি ওকুন্দা উহনবা, ভক্তদা চংবা, অমদি ভক্তদা মশক্তা কাওরকপা ॥৫৪॥ অমনা শ্রীচৈতন্যনা মনাই পুন্নমক্তা সংসংনা অথোইবা চৈতন্যগী মশকপু উহন্নরা। অমনা নকুল ব্রহ্মচারীগী হকচাংদা প্রভুগী শক্তি চংদুনা জীবশিং লানবী ॥ ৫৫ ॥ অমনা অহানবদা প্রদ্যুম্ন ব্রহ্মচারী হাপ্পনা মমিং কৌবগা। কোন্না প্রভুনা নৃসিংহানন্দ থোনবা মনাই ॥ ৫৬ ॥ মতোন্দা প্রভুনা মশকুমকপু ফাওদুনা জীবশিংবু লানবী। অসিগুম্বা মীদা ওইদবা অয়াম্বা মতিক্তা প্রভুগী ওই ॥৫৭॥ অসিগুম্বা অয়াম্বা রসশিংসি শিবানন্দনা চারি। হায়রিবা মুংঙাইরবা লীলা অসি কোন্না হায়বক্তে ॥ ৫৮॥ শিবানন্দগী মচং মশা মাগী মতুংইনবশিং। মচা-মনাইনচিংবদো শ্রীচৈতন্যগী তুংইনবা মশানি ॥৫৯॥ অমদি চৈতন্যদাস বামদাস কর্ণপুর কৌবা। শিবানন্দগী মচা অহুমসি প্রভুগী অথোইবা ভক্তনি ॥ ৬০। শ্রীবল্লভসেন অমদি শ্রীকান্তসেন কৌবা। শিবানন্দগী মরিদগী মথোয়সি প্রভুগী লোংদবা মনাইনি ॥৬১॥ অথোইবা বৈষ্ণব গোবিন্দানন্দ প্রভুগী চাল্লবা মনাইনি। শ্রীগোবিন্দ দত্তনচিংবা প্রভুগী ঈশৈ শকপশিং ॥৬২॥ প্রভুগী লাইবিক ইথা শ্রীবিজয়দাস কৌবা। মানা শ্রীগৌরাঙ্গদা অয়াম্বা লাইবিক ইতুনা পী ॥৬৩॥

ইবদা খুং ফঙৈ হায়তুনা প্রভুনা মাবু বস্ত্র বাক্ত কৌই। প্রভুগী অচানবা অকিঞ্চন কৃষ্ণদাস কৌবা ।।৬৪।। লফুদোঙ্গা য়োনবা প্রভুগী চাল্লবা মনাই শ্রীধরনি। মাগা লোয়্নতুনা প্রভুনা নিতিগী লংন-ত্থুনা শাগ্নে ।।৬৫।। মডোন্দগী প্রভুনা নিতিগী দোঙ্গা থবো লৌই। অতুগা মাগী কায়রবা য়োংকী পাত্রদগী ঈশি প্রভুনা থকই ।।৬৬।। ভগবান পণ্ডিত কৌবা প্রভুগী চাল্লবা মনাই। মমাংদৈদা মাগী হকচাংদা শ্রীকৃষ্ণনা চংথোম্লা লৈ ।। ৬৭ ।। হিরণ্যপণ্ডিত অমদি জগদীশপণ্ডিত অনিসি। মথোয়্বু চালহৈবা প্রভুনা অঙাং ওইরিদৈদগী কৃপা তৌবি ।। ৬৮।। মথোয় অনিগী য়ুমদা একাদশী নুমিত্তা থম্বা। শ্রীকৃষ্ণগী অচা অথকপু নিত্তুনা প্রভুনা চাথি ।।৬৯।। পুরুষতোম সঞ্জয় কৌবা প্রভুগী পঢ়্য়া অনি। ব্যাকরন্দা মরু ওইবা প্রভুগী শিষ্য অনিনা অথোইবা মনাইনি ।।৭০।। বনমালীপণ্ডিত জগতদা কাওবা মশানি। প্রভুগী খুত্তা পাম্নবা স্নাগী শুক লাঙ্গলবু মানা উথি ।।৭১।। বুদ্ধিমন্ত খান শ্রীচৈতন্যগী য়াম্না চাল্লবা মনাইনি। সেবকী প্রধান্নি মানা পোক-পদগী প্রভুগী য়াথং ইঙ্গবনি ।।৭২।। অমনা গরুড পণ্ডিত কৌই মাগী মিংসি মঙ্গলগী মশক্নি। পনবদা হু কাদে হায়তুনা গরুড গরুড শোইম্নে ।।৭৩।। শ্রীগোপীনাথসিংহনা প্রভুগী মনাই অমনি। মাবু অক্রূর হায়না প্রভুনা নোকনৈ ।।৭৪।। বক্রেশ্বর-গী কৃপাদগী শ্রীভাগবত হৈবা দেবানন্দনা। শ্রীচৈ-তন্যগী কৃপাদগী শ্রীভাগবতকী ভক্তিগী অর্থ খংই ।।৭৫।। খণ্ডদা লৈবা মুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন কৌবা নরহরিদাস চিরঞ্জীব সুলোচন কৌবা ।।৭৬।। হায়-রিবশিংসি থৌজানহৈবা শ্রীচৈতন্যগী অথোইবা মশা ঙাক্কনি। মথোয়্সিনা কৃষ্ণগী প্রেমগী মহৈ মপানবু মকম খুদিংদা পী ।।৭৭।। কুলীন গ্রামদা লৈবা

সত্যরাজখান রামানন্দ। যদুনাথ পুরুষোত্তম শঙ্কর বিদ্যানন্দ ।। ৭৮ ।। বাণীনাথবসুনচিংবা অয়াম্বা কুলীন্নদা লৈবা। পুম্নমক্না চৈতন্যগী মনাইনি চৈতন্যনা থরাইনি ।।৭৯।। প্রভুনা হায় কুলীন গ্রামগী হুইরু অতুম্না ওইবি। অতোপ্পা মীদি লৈসমু হুইশিংদো ঐগী চাম্নবনি ।। ৮০ ।। অতুনা কুলীন গ্রামগী লাই-বক ফবদো হায়বা ঙমলোই। ওকাসনবা ডোম জাতি য়োনা কৃষ্ণ শোলহল্লি ।।৮১।। শ্রীঅনুপম বল্লভ শ্রীরূপ সনাতন কৌবা। অহুমসি শ্রীচৈতন্য উপানগী নোংচুপকী অথোইবা মশানি ।। ৮২ ।। মতুদগী শ্রীরূপ সনাতন্না অচৌবা মশানি। অনুপম শ্রীজীব বাজেন্দ্রনচিংবা মথং লোংবা মশানি। ৮৩।। মালী চৈতন্যগী কৃপানা মনাই অনিনা য়াম্না চাও-থখনি। চাওখৎপনা নোংচুপ থুংনা মশানা কুপছিল্লি ।।৮৪।। সিন্ধু তুবেন্না অমদি হিমালয় চিংনা লোম্বা ফাওবা। শ্রীবৃন্দাবন মথুরানচিংবা অয়াম্বা তীর্থনা লৈবা ।।৮৫। মফম পুম্নমক্তা মশা অনিগী প্রেম উহৈদা তাওহল্লে। প্রেম উহৈ চাবদা পুম্নমক্তা ময়াই কাথবে ।। ৮৬ ।। নোংচুপকী ভক্তি শংদনা চৎপা মীয়ামদো। মথোয়দা শ্রীরূপ সনাতন্না ভক্তি সদাচারবযোন্তাকখি ।।৮৭।। লাইবিক উহল্লি উদ্ধরবা তীর্থবু লৈ হায়না উহল্লি। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণগী মূর্ত্তি সেবা শন্দাকতুনা তম্মী ।।৮৮।। শ্রীরঘুনাথদাস চৈতন্যগী অচানবা মনাইনি। পুম্নমক থাদোক্তুনা ক্ষেত্রদা লৈতুনা শ্রীচৈতন্যগী চরন্দা থোগনথি ।।৮৯।। মাবু স্বরূপকী খুত্তা প্রভুনা শিন্নবী। স্বরূপকা লোয়নতুনা মানা প্রভুগী অথুপ্পা সেবা তৌই ।। ৯০ ।। চহি তরাক্তরুক মনুংচনবা সেবা তৌই। অতুদগী স্বরূপনা থুপখ্রবদা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাক্লে ।। ৯১ ।। শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরূপসনাতনগী চরণ উবগা। শ্রী-গোবর্দ্ধনদগী ওন্থতুনা থরাই থাবগে ।। ৯২ ।। অসি খন্দুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লেপ্না লাকলে। লাক্কুনা

শ্রীরূপ সনাতনগী চরন্দা খুরুম্মী ॥৯৩॥ মতম অতুদা মাবু শ্রীরূপ সনাতন্না শিরুম্ভু থাম্থি। ইচিন্নাও অহুম্নি হায়তুনা নাক্তা থমখি ॥৯৪॥ শ্রীচৈতন্য প্রভুগী মতুং মপানগী অয়াম্বা লীলাবু। মচিন মনাওনা মাগী চিন্দগী তত্তনা তায় ॥৯৫॥ অতোপ্পা রা, চাক-ঈশিং পুম্নমক থাদোক্লে। নোংমগী মাথোন ভোলা তবাতকক চাতুনা হিংভি ॥ ৯৬ ॥ দণ্ডবৎ লিশিংলক খুরুম্মী হবি নাম লক্ষ অমা শোল্লি। লিশিং অনিরব্ বৈষ্ণবপুস্ত তত্তনা খুরুম্মী ॥৯৭॥ অহিং মুংথিন্দা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী মানস সেবা তৌই। প্রেহব অমা শ্রীমহাপ্রভুগী লীলাবু শকই ॥৯৮॥ সন্ধ্যা অহুমদা কাইদনা শ্রীকুণ্ডদা স্নান তৌই। ব্রজদা লৈবা বৈষ্ণবতা নিংভি তনাওনা কোইপ্প ॥ ৯৯ ॥ প্রেহব তারেং মথাই কাইদনা ভক্তি সাধন তৌই। পুং মরিন তুম্ব চাবগীনি কবিগুম্বা মুশিত্তুম্ব তমদে চাদে ॥১০০॥ শ্রীদাসবী সাধন অসি তাবদা অভকপনি। অতুহম্বা শ্রীদাস গোসাঞিনা কৃষ্ণদাস ঐগী শিক্ষা গুরুনি ॥১০১॥ মথায় পুন্নমক অসিগী ভক্তিনা শ্রীচৈতন্যনা চংজবাদা। মথাদা সংক্ষেপকা লীলাসিদা শিংথাবক্কে ॥ ১০২ ॥ শ্রীগোপালভট্ট অচৌবা মশা অমনি। শ্রীরূপ সনাতন লোইনতুনা মানা প্রেমগী মরোল চাংনৈ ॥১০৩॥ শ্রীশঙ্করারণ্য আচার্য্য চৈতন্য উপানগী মশা অমনি। মকুন্দ কাশীনাথরুদ্র মথংগী মশানি হায়রি ॥১০৪॥ শ্রীনাথ পণ্ডিত প্রভুগী থৌজানবিকমনি। মাগী শ্রীকৃষ্ণগী সেবা উবদা মরোল অহুম খুহুম্ চল্লি ॥১০৫॥ জগনাথ আচার্য্য প্রভুগী অচানবা মনাইনি। প্রভুগী যাথংদগী গঙ্গাগী মপান্দা মানা লৈ ॥১০৬॥ কৃষ্ণদাস বৈদ্য অমদি পণ্ডিতশেখর কৌবা। কবিচন্দ্র অমদি কির্ত্তনীয়া ষষ্ঠীবর কৌবা ॥ ১০৭ ॥ শ্রীনাথ মিশ্র শুভানন্দ, শ্রীরাম ঈশান্। শ্রীনিধি শ্রীগোপীকান্ত মিশ্র ভগবান ॥ ১০৮ ॥ সুবুদ্ধিমিশ্র হৃদয়ানন্দ কমল নয়ন কৌবা। মহেশ পণ্ডিত শ্রীকর শ্রীমধুসূদন কৌবা ॥১০৯॥ পুরুষোত্তম শ্রীগালিম-জগনাথ দাস কৌবা। শ্রীচন্দ্রশেখরবৈদ্য দ্বিজহরিদাস কৌবা ॥১১০॥ রামদাসকবিচন্দ্র শ্রীগোপালদাস কৌবা। ভাগবত আচার্য্য ঠাকুর সারঙ্গদাস কৌবা ॥ ১১১ ॥ জগনাথতীর্থ ব্রাহ্মণ শ্রীজানকীনাথ। গোপালাচার্য্য অমদি ব্রাহ্মণ বাণী নাথ ॥১১২॥ গোবিন্দ মাধব বাসুদেব মচিন মনাও অহুম। মথোবগী কীর্ত্তন্দা শ্রীচৈতন্য নিত্যাইনা ডাগোই শাই ॥১১৩॥ রামদাস অভিরাম প্রভুগা সাম্না চান্নবা মরুপনি। খুদোন তংতকক শাংবা চৈ অমত্তুং রাশী খুৎনা পাই ॥১১৪॥ ক্ষেত্রদগী প্রভুগী য়াথংনা শ্রীনিত্যানন্দনা গৌড়দেশদা লাকপদা। প্রভুগী য়াথংদগী শ্রীনিতাইনা মথোয় অহুম লোইনতুনা লাকই ॥১১৫॥ রামদাস মাধব অমা বাসুদেব ঘোষ কৌবা অসিনি। প্রভুগা লোইনতুনা লৈবদা গোবিন্দনা অপেনবা নংই ॥১১৬॥ ভাগবতাভাচার্য্য-চিরঞ্জীব শ্রীরঘুনন্দন কৌবা। মাধবাচার্য্য কমলাকান্ত শ্রীযদুনন্দন কৌব ॥১১৭॥ প্রভুগী যাম্না থৌজানকম জগাই মনাই কৌব। মাচন-মনাও অনিনা তাববু লানবীবা গুণগী সাক্ষীনি ॥১১৮॥ গৌড়দেশগী ভক্তশিং স্তপ্প হাযববনি। লোমদবা শ্রীচৈতন্যগী মনাইশিংবু লোইনা হাযবা ঙমলোই ॥১১৯॥ নীলাচন্দা চৈতন্যগী লোইনবা থোগনবা মনাইশিং অসিনা। গৌড়দেশদা ক্ষেত্রদা মফম অনিদা হবাওনা প্রভুগী সেবা তৌই ॥১২০॥ লেপ্পা নীলাচন্দা অতু অতুগুম্বা ভক্তশিংনা প্রভুগী সেবা তৌবা। মথোয়গী মশকপু স্তপ্পা থজিক্তং হায়জগে ॥১২১॥ নীলাচন্দা শ্রীচৈতন্যনা লোইনবা অয়াম্বা মনাইশিং। ময়ামগী মরক্তগী প্রভুগী মপুং ওইবা অচেৎপা অনিনি ॥১২২॥ পরমা নন্দপুরী

অমদি স্বরূপদামোদর কৌবা অসিনি। শ্রীগদাধর জগদানন্দ শঙ্কর বক্রেশ্বর কৌবা ॥১২৩॥ দামোদর পণ্ডিত শ্রীহরিদাস ঠাকুর কৌবা। রঘুনাথবৈদ্য অমদি শ্রীরঘুনাথদাস কৌবা ॥১২৪॥ অসিনচিংবা হান্নগী লোইনবা অন্যান্য মনাইশিংনা। নীলাচলদা লৈদুনা প্রভুগী সেবা তৌই ॥১২৫॥ অমদি অন্যান্য গৌড়দেশদা লৈবা ভক্তশিংনা। চহি খুদিংগী ক্ষেত্রদা লাক্তুনা প্রভুদা দর্শন তৌই ॥ ১২৬ ॥ নীলাচলদা প্রভুগী অহানবদা তিল্লবা মাগী মনাইশিং। অচুম্বা ভক্তশিংবু হৌক্তিক শিংথারক্রপে ॥১২৭॥ সার্ব্বভৌম ভাট্টাচার্য্য প্রভুগী অচৌবা মশা অমনি। মাগী মশেন গোপীনাথআচার্য্য মখানি ॥ ১২৮ ॥ কাশীমিশ্র প্রদ্যুম্নমিশ্র রায়ভবানন্দ কৌবা। মখোয়গা তিল্লবনা প্রভুনা মুংডাইবা ফংই ॥১২৯॥ ভবানন্দবু কৌন্দুনা মখোয়দা প্রভুনা হায়রকই। নংনা পাণ্ডুনি পাণ্ডব মচানা নচা মচানি ॥১৩০॥ শ্রীরামানন্দরায় পট্টনায়ক গোপীনাথ। কলানিধি সুধানিধি নায়ক বাণীনাথ ॥১৩১॥ হায়রিবা মহাক্কী নচা মচাসে ঐগী মুংশিফম্নি। ঐগা রামানন্দগা হকচাংতা তোঙানবনি, অমতনি ॥১৩২॥ প্রতাপরুদ্র নিংথৌ ১দি ওড্রকৃষ্ণানন্দ কৌবা। পরমানন্দ মহাপাত্র ওড্র শিবানন্দ কৌবা ॥১৩৩॥ ভগবান আচার্য্য ব্রহ্মানন্দ ভারতী কৌবা। শ্রীশিখি মাহিতী অমদি মুরারী মাহিতী ॥১৩৪॥ মাধবী দেবী শি-খিমাহিতীগী মচনুপী। মাগী মিংবু শ্রীরাধিকাগী মনাই মুপীনি হায়না শিংথাববিনি ॥১৩৫॥ ঈশ্বর পুরীগী শিষ্য ব্রহ্মচারী কাশীশ্বর কৌবা। শ্রীঈশ্বর পুরীগী অচানবা তুংইনবা মনাই গোবিন্দ কৌবা ॥১৩৬॥ শ্রীঈশ্বরপুরীগী সিদ্ধিগী মতমদা পীরম্বা য়াথং ফংদুনা। নীলাচলদা প্রভুগী মফমদা লাক্তুনা তি[illegible]॥ প্রভুনা শ্রীগুরুগী মরিদগী মখোয় অনিদা [illegible] খুমনৈ। শ্রীঈশ্বর পুরীগী য়াথং ইন্দুনা প্রভুনা মখোয় অনিদা সেবা পী ॥১৩৮॥ শ্রীগৌরাঙ্গ ঈশ্বরনা গোবিন্দদা হকচাংগী সেবা পীরি। কাশীশ্বরনা প্রভুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শন লেংবদা মাংদা ॥১৩৯॥ তিল্লিবা মীয়ামদো শ্রীচৈ-তন্যবু শোকহন্দনা তকথোকই। লম্বীদা মী তক-থোকপদা কাশীশ্বর থোনা য়াম্না করী ॥১৪০॥ রামাই নন্দাই কৌবা প্রভুগী মনাই অনি। গো-বিন্দগা লোইনদুনা তত্তনা প্রভুগী সেবা তৌই ॥১৪১॥ নোংমদা রামাইনা চফু কুপ্নিথোই থম্না ঈশিং হোপ্লি। গোবিন্দগী য়াথংনা নন্দাইনা প্রভুগী সেবা তৌই ॥১৪২॥ কৃষ্ণদাস কৌবা অসেংবা ব্রাহ্মণগী শাগৈদা পোকপা। মাগা লোইনদুনা প্রভুনা মখাগী তীর্থ চৎমিয়ৈ ॥ ১৪৩ ॥ ভক্তিবু রাংলেম্বা বলভদ্র ভট্টাচার্য্য কৌবা। মদো ব্রহ্ম-চারীনি মানা প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন লেংবদা থৌগল্লি ॥১৪৪॥ বড হরিদাস অমদি ছোট হরিদাস। অনিসি ঈশৈ শকপনি প্রভুগী মনাক্তা লেংদনা লৈ ॥১৪৫॥ রাম ভদ্রাচার্য্য অমদি ওড্রসিংহেশ্বর কৌবা। তপন আচার্য্য অমদি রঘু নীলাম্বর। ॥১৪৬॥ সিঙ্গাভট্ট কামাভট্ট দণ্ডুর শিবানন্দ। গৌড দেশতা হান্নগী প্রভুগী মনাই কমলাকান্ত ॥১৪৭॥ শ্রীঅদ্বৈতগী মচা শ্রীঅচ্যুতানন্দ কৌবা। নীলাচলদা প্রভুগী চরনদা চংজদুনা লৈ ॥ ১৪৮ ॥ নির্লোম গঙ্গাদাস অমদি বিষ্ণুদাস। লৈমিল্লবা ক্ষেত্রদা প্রভুগী থৌগনবা মনাইশিংগী মশক হাল্লরে ॥১৪৯॥ বারানসীদা প্রভুগী মনাই অহুম্থক লৈ। শ্রীচন্দ্রশেখরবৈদ্য অমদি শ্রীতপনমিশ্র ॥ ১৫০ ॥ তপন মিশ্রগী মচানিপা রঘুনাথ ভট্টাচার্য্য কৌবা অমা। শ্রীচৈতন্যনা শ্রীবৃন্দাবন দর্শনদগী হল্লোক্লক-পদা কাশীদা ॥১৫১॥ শ্রীচন্দ্রশেখরগী য়ুমদা থা অনি প্রভুনা লৈ। প্রভুনা তপনমিশ্রগী য়ুমদা থা অনি প্রসাদি ফংই ॥১৫২॥ অতাং ওইরিবা রঘু

ভট্টনা শ্রীপ্রভুগী সেবাবু তৌই। প্রভুগী লুখাক শেংই অমদি শ্রীচরণবু নোইহনা সেবা তৌই ॥১৫৩॥ অহল ওইরবদা নীলাচলদা প্রভুগী লৈফমদা চত্নবা। খা নিপান চুপনা লৈ, করিগুম্বা মুমিত্তা ভিক্ষাবু চৈতন্যদা কংলি ॥ ১৫৪ ॥ প্রভুগী য়াথং ফংহনা শ্রীবৃন্দাবনদা লাকলে। লাক্নুনা শ্রীরূপগোসাঞিগী মনাক্তা লৈরে ॥ ১৫৫ ॥ মাগী মফমদগী শ্রীরূপগোসাঞি শ্রীভাগবত তাই। প্রভুগী কৃপানা মানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ময়াই কাই ॥১৫৬॥ মতৌ অদুম্না শ্রীচৈতন্যগী মনাইশিংবু শিংথাবা ওমদে। চংখান্না হায়জবা ওমদে মাইকৈ উত্নুনা হায়জরি ॥১৫৭॥ মশা অমমমদা মশা কোটি কোটি লোংই। মাগী মথং লোংবা মশাবু মাগী শিষ্যগী মথং শিষ্য-বুনি ॥১৫৮॥ প্রেমগী মপান্না উইহনা পুন্নমক্তা থন্না লৈ। অহনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম জলনা মরোল অহুমবু তাওহল্লি ॥ ১৫৯ ॥ মশা অমমমগী তৌবা ভম্বনা লোমদবা মতিকনি। অনন্ত মাগী মচিন লিশিংনা হায়বদা ওমথৈ লোম্বা ওমদে ॥১৬০॥ মুপ্না মহাপ্রভুগী ভক্তশিংবু হায়রিবসিনি। চংথোন্না হায়গদবদা অনন্তনা ওমদে ॥১৬১॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরনদা ঐনা থুরুমজহনা। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥১৬২॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদ শ্রীচৈতন্য উপানগী লোংবা মশাশিংবু হায়বা তরাগুবা পরিচ্ছেদনি।

# একাদশ পরিচ্ছেদ

নিত্যানন্দপদাম্ভোজভৃঙ্গান্ প্রেমমধূন্মদান্ নত্বাখিলান্ তেষু মুখ্যা লিখ্যন্তে কতিচিন্ময়া ॥১॥
তস্য শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য সৎপ্রেমামর শাখিনঃ। ঊর্দ্ধস্কন্ধাবধূতেন্দোঃ শাখারূপান্ গণান্নুমঃ ॥২॥

**অন্বয়ঃ**।— প্রেম মধুন্মদান্— শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমমধুনা ময়াই কারবা, অখিলান্— অয়াম্বা, নিত্যানন্দ পদাম্ভোজভৃঙ্গান্—শ্রীনিত্যানন্দগী শ্রীচরণ থম্বালগী খোইমুশিংবু, নত্বা—থুরুমজহনা, তেষু—মখোয়গী মরক্তা, মুখ্যাঃ—লুচিংবশিংবু, কতিচিৎ—কয়ামকমবু, ময়া—ঐনা, লিখ্যন্তে—ইরি। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—তস্য—অদুগুম্বা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যসৎপ্রেমামব শাখিনঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শিদবা উপান্দীগী, ঊর্দ্ধ স্কন্ধাবধূতেন্দোঃ—মথককী অচৌবা মশা ওইবা শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্রগী, শাখারূপান্— মথং মথং মশা লোংবা, গণান্—ভক্তশিংবু, নুমঃ—থুরুমজৈ। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না মধু ওইহনা চাবগী ময়াইকাবা অয়াম্বা শ্রীনিত্যানন্দগী শ্রীচরণ থম্বালগী খোইমুশিংবু থুরুমজহনা মখোয়গী মরক্তা লুচিংবশিং কয়ামকমবু ঐনা ইরি। ইতি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু হন্না হন্না থুরুমজৈ। শ্রীনিত্যানন্দথন্তবু থুরুমজৈ অদ্বৈতচন্দ্রবু থুরুমজৈ।১

**অনুবাদঃ**।— অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শিদবা প্রেম উপানগী মথককী অচৌবা মশা ওইবা

শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্রগী মথং মথং মশা লো বা ভক্তশিংবু থুরুমজে। ইতি ॥২॥

উপানবী অহানবা অচৌবা মশা নিত্যানন্দনি। অভোন্দা লোংবা মশা মথংগী মশা য়ামথবে ॥ ২ ॥ শ্রীচৈতন্য মালাকারগী অপাম্বা ঈশিংনা মশাশিনা চাওই। পানবা প্রেমগী উহৈনা জগৎ থংনা নুপ শিনথ্রে ॥ ৩ ॥ মশাশিংনা মশিংদগী ভন্না যাম্নী করানা শিংথাগনি। ঐহাক সেংজগে হায়বগী দমক্তা মরু মরু ওইবশিংব হায়বি ॥ ৪ ॥ শ্রীনিত্যানন্দগী মচা শ্রীবীরভদ্রগোসাঞি নিত্যাইগী অচৌবা মশানি। মাগী মথং মশা ময়ামদি শিংথাবদ মশিং নাইদবে ॥৫॥ ক্ষীরোদশায়ীনা পোকপা বীরভদ্রবু অখোইবা বৈষ্ণবনি হায়বি। মানা বেদনা পাবা প্রেম ভক্তিনা চংলিবা বেদবিধিব লান্থোবই ॥৬॥ থমোইদা ঈশ্বরগী মশক্তি মপান্দা নাপন লৈদে। শ্রীচৈতন্যভক্তি মাগুপকী মানা মরু ওইবা যগ্নীনি ॥৭॥ ভসি ফাওবা মাগী থোজানগী মতিক্তগী। অযাম্ব জগৎনা শ্রীগৌরনিত্যাইব শাঞ্জবনি ॥৮॥ অতুগুম্ব শ্রীবীরভদ্রগী পাদদা ঐনা চংজবী। মাগী গৌ-জান্দগী অপাম্ববু থংলগনি ॥৯॥ শ্রীরামদাস অমদি শ্রীগদাধরদাস কৌবা অনিসি। শ্রীচৈতন্যগী মনাইনি, চৈতন্যগী মনাক্তা লৈবনি ॥১০॥ শ্রীচৈতন্যনা শ্রী নিত্যানন্দদা য়াথং পীদুনা ক্ষেত্রদগী গৌড়দেশদা লাকপা মতমদা। শ্রীমহাপভুনা অনিসি নিত্যাইগ লোয়নবা পীরকই ॥১১॥ মরম অতুনা শ্রীগৌর শীস্থ নিত্যাইগীস্থ মশানি হায়বি। মাধব বাসুদেব-ঘোষস্থ মশাশিংদা শিংথাববনি ॥ ১২ ॥ রামদাস মরুওইবা মশানি মুংশিবনা মরুপস্থ ওই। খুদোন তরাজরুক শাংবা যণশেন চৈ অমস্থ বাঁশী পায়রে ॥১৩॥ গদাধরদাসনা গোপীগী পুকচন্দা মুংডাই-বনা শনবা। মাগী ময়ুমদা শ্রীনিত্যানন্দনা দান কেলি শান্নে ॥১৪॥ শ্রীমাধবঘোষনা ঈশৈ শকপ-শিংদগী মরু ওইবা মশানি। মাগী ঈশৈদা শ্রীনিত্যা-নন্দন জগাই শাই ॥১৫॥ প্রভুগী লীলাবু বাসু-দেবনা ঈশৈদা শকলমই। মতু তাবদা অকংবা উ, মুং পেংপা ওই ॥১৬॥ শ্রীচৈতন্যগী মনাই মুরারী গুপ্তগী ওইথাংবা মচংনি। লীলগা লোয়ননা শাট্নেকগী মতক্তা কোন্দুনা ফুই ॥১৭॥ অযাম্বা শ্রীনিত্যাইগী মশাশিংসি ব্রজগী মতাওশিংনি। কাত্তা রাহাং মতু থেংপা শৃঙ্গ বেত্র পাইবা গাপ-গী নি শেংলী ॥১৮॥ পুকচেন চাওববা রঘুনাথ বৈদ্য উপাধ্যায় বৌর। মাব উজবদা মীতুগী শ্রীকৃষ্ণগা মুংশিবা পোকই ॥১৯॥ সুন্দরানন্দনা অচৈংবা মনাইনি অরোংব এগনি। মাগা লোয়নজুন শ্রী-নিত্যাইন ব্রজবসব চামিন্নে ॥২০॥ কমলাকরপিপ্পলাইন অমুরূপ লমচং চংলি। মাগী ওইনাক্তিব কৃষ্ণগী প্রেমব জগতু শাভবি ॥২১॥ সুর্যাদাস সার্খেল মাগী মনাও রক্ষদাস। কৃষ্ণ মুংশিরগী মশক শ্রীনিত্যাইব চেংনা থাজৈদে ॥২২॥ অথোইবা প্রেমভক্তিনা মাগী ওইবা গৌরীদাস পণ্ডিতনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম পীগদবদা অকনবা পাঙ্গলব ওইবি ॥২৩॥ মাগী শাগ কাংজুপকী পারেংব শ্রীনিত্যাইদা কংলি। শ্রীচৈতন্যনিত্যাই ॥ মাগী থৱাইগী মপুনি ॥২৪॥ শ্রীনিত্যাইনা যাম্না চানবা পুরন্দর পণ্ডিতনি। মানা একিযাংন তীরগুম্না প্রেম সমুদ্রদা লুপ্তুনা কোয়বি ॥২৫॥ পরমেশ্বরদাসনা শ্রীনিত্যাইনন্দদা লোংদনা চংজবি। মাব নিংশিংজবদা মীতুনা শ্রীকৃষ্ণ-ভক্তিব ফংজ ॥২৬॥ জগদীশ পণ্ডিতনা জগৎ শেং-বিবি। বর্ষাগী নাংগুম্না জগৎতা প্রেমগী নোংলু চুথৈ ॥২৭॥ ধনঞ্জয় পণ্ডিত শ্রীনিত্যানন্দগী চান্নবা মনাইনি। য়াম্না বিবক্তি ওই তত্ত্বনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মশক ওই ॥২৮॥ ব্রজগী গোপনা পোকপা থোইদাকপা মহেশ পণ্ডিতনি। প্রেম্না ময়াই

কাহুনা পুংবৈহনা জগোই শাই ।।২৯।। নবদ্বীপ্তা পুকচেল ফবা পুরুষোত্তম পণ্ডিতনা । শ্রীনিত্যানন্দগী নাম শোনবদা মাগী মন্নাই কারি ।।৩০।। বলরামদাসনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমরসবু চারী । শ্রীনিত্যানন্দগী নামদা থোইদোক্না মন্নাই কারি ।। ৩১ ।। অথোইবা যদুনাথকবিচন্দ্র বৈষ্ণবনি । মাগী থম্মোইদা শ্রীনিত্যাইনা জগোই শারি ।।৩২।। রাঢ় দেশতা পোকপা অথোইবা ব্রাহ্মণ মাগী মমিং কৃষ্ণদাস কৌবা । মানা শ্রীনিত্যানন্দগী য়ামনা চানবা মনাইনি ।।৩৩ ।। অথোইবা বৈষ্ণবকী লুচিংবনি শ্রীকালাকৃষ্ণদাসনা । শ্রীনিত্যানন্দচন্দ্র নত্তনা— অতোপ্পা অমা থংদে ।।৩৪।। শ্রীসদাশিব কবিরাজ য়ামনা পুক ফবনি । মাগী মচা শ্রীপুরুষোত্তমদাস কৌবা ।।৩৫।। পোকপদগী শ্রীনিত্যানন্দগী চরন্দা লুপচবনি । শ্রীকৃষ্ণগা লোয়ননা ততুনা বাল্যগী লীলাবু শারে ।। ৩৬ ।। মাগী মচা শ্রীকানুঠাকুরনা পুকচেল ফজে । মাগী হকচাংদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম্না থল্লি ।।৩৭।। পুন্নমক্কী থোইদোকপা মনাই উদ্ধারন দত্ত কৌবা । মানা পুন্নমক্তা শ্রীনিত্যানন্দগী চরণগী সেবা তৌই ।।৩৮।। শ্রীবৈষ্ণবানন্দ আচার্য্যনা ভক্তিগী রায়েল্লি । মমাংঙৈদা মাগী মমিং রঘুনাথপুর কৌরম্মী ।।৩৯।। শ্রীবিষ্ণুদাস নন্দন গঙ্গাদাস মচিন মনাও অহুম । মমাংঙৈদা মাগীময়ুমদা শ্রীনিত্যানন্দনা লৈরে ।।৪০।। শ্রীনিত্যানন্দগী মনাই পরমানন্দ উপধ্যায় । শ্রীজীবপণ্ডিত নিত্যানন্দগী গুণ শোনবা ।।৪১।। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই য়ামনা পুক ফবা পরমানন্দ গুপ্ত । মমাংঙৈদা মাগী ময়ুমদা শ্রীনিত্যানন্দনা লৈবম্মী ।। ৪২ ।। নারায়ণ, কৃষ্ণদাস অমদি মনোহর কৌবা । দেবানন্দ মচিন মনাও মরিসি নিত্যাইগী মনাইনি ।। ৪৩ ।। বিহারী কৃষ্ণদাসগী শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা থবাইনি । মানা শ্রীনিত্যাই নত্তনা অতোপ্পা অমবু থংজদে ।। ৪৪ ।। নকড়ি, মুকুন্দ, সূর্য্য, মাধব শ্রীধর কৌবা । রামানন্দবসু, জগন্নাথ, মহীধর কৌবা ।।৪৫।। শ্রীমন্ত গোকুলদাস হরিহরানন্দ কৌবা । শিবাই, নন্দাই, অবধূত পরমানন্দ ।।৪৬।। বসন্ত নবমী হোড় গোপাল সনাতন । বিষ্ণাই, হাজরা, কৃষ্ণানন্দ সুলোচন ।।৪৭।। কংসারিসেন, রামসেন, রামচন্দ্রকবিরাজ । গোবিন্দ, শ্রীরঙ্গ, মুকুন্দ কবিরাজ অহুম ।।৪৮।। পীতাম্বর, মাধবাচার্য্য, দাসদামোদর । শঙ্কর মুকুন্দ, জ্ঞানদাস মনোহর ।।৪৯।। নর্ত্তক গোপাল রামভদ্র গৌরাঙ্গদাস । নৃসিংহ চৈতন্যদাস, মীনকেতন রামদাস ।।৫০।। শ্রীনরায়ণীগী মচা বৃন্দাবনদাস । চৈতন্যভাগবতপু মানা লেংবা ।। ৫১ ।। শ্রীমদ্ভাগবতত্তা শ্রীবেদব্যাসনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাবু লেংভি । মানা ব্যাস শ্রীবৃন্দাবনদাস ওইহনা চৈতন্যগী লীলাবু লেংই ।। ৫২ ।। অয়াম্বা মশাশিংদগী শ্রীবীরভদ্রনা অথোইবনি । মাগী অয়াম্বা মথং মশাদি অরোম্বা নাইদে ।। ৫৩ ।। শ্রীনিত্যাইগী মশাশিংনা লোমন্ত্রে কননা শিংথাগবা । ঐগী আম্বা শেংনবগীদমক্তা মশা থরদং শিংথাবনি ।।৫৪।। অসিগুম্বা মশাশিংসি মুম্বিবা প্রেম উহৈনা থন্না পাল্লবনি । মীহুবু উরবদা মঙোন্দা পীহুনা পুন্নমক্তা তাওহল্লি ।।৫৫।। পুন্নমক্কী মীওইসু মক্তু বনি প্রেমসু মক্ত বনি । মথোয়না প্রেম পীবদা শ্রীকৃষ্ণবু পীবদা য়াম্না পাঙ্গল্লি । ৫৬।। অসিগুম্বা শ্রীনিত্যানন্দগী মশাশিংবু সুপ্পা হায়বনি । শ্রীঅনন্তনা চিন্ লিশিংনা শকপদা মশাশিংগী অরোম্বা ফংদ্রে ।।৫৭।। শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুকমহুনা শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হাযজৈ ।।৫৮।।

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা শ্রীনিত্যানন্দগী মশাশিংবু হায়বা তরামাথোইশুবা পরিচ্ছেদনি ।

# দ্বাদশ পরিচ্ছেদ

অদ্বৈতাঙ্‌ঘ্র্যব্জভৃঙ্গাংস্তান্ সারাস রভৃতোঽখিলান্। হিত্বাঽসারান্ সারভৃতো নৌমী চৈতন্যজীবনান্॥১॥

শ্রীচৈতন্যামরতরোর্দ্বিতীয় স্কন্ধরূপিণঃ। শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রস্য শাখারূপান্ গণান্ নুমঃ॥২॥

**অন্বয়ঃ**।—সারাসারভৃতঃ—অরেপ্পা অমসুং লেপ্তবা লোবা, অখিলান্—অয়াম্বা, অদ্বৈতাঙ্ঘ্র্যব্জভৃঙ্গান্—শ্রীঅদ্বৈতগী চরণ থম্বালগী থোইমু ওইবশিংগী মরক্তগী, অসারান্—অবেপ্পা মচি লোদবা, তান্—মথোযবু, হিত্বা—হুন্থোক্লগা, চৈতন্যজীবনান্—শ্রীচৈতন্যনা থৱাই ওইবা, সারভৃতঃ—অবেপ্পা মচিবু লোবশিংবু, নৌমা—ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—শ্রীচৈতন্যামরতরোঃ—শ্রীচৈতন্যপ্রেম শিদবা উপানগী, দ্বিতীয়স্কন্ধরূপিণঃ—অনিশুবা অচৌবা মশা ওইবা, শ্রীমদদ্বৈতচন্দ্রস্য—শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী, শাখারূপান্—মশা ওইবা, গণান্— অদ্বৈতগী মনাইওইবশিংবু, নুমঃ—ঐনা খুরুমজে। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**।— অরেপ্পা অমসুং লেপ্তবা লোবা অয়াম্বা শ্রীঅদ্বৈতগী চরণ থম্বালগী থোইমু ওইবশিংগী মরক্তগী, অরেপ্পা মচি লোদবা মথোয়বু হুনথোক্লগা, শ্রীচৈতন্যনা জীবন ওইবা অরেপ্পা মচিবু লোবশিংবু ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু হন্না হন্না খুরুমজে। শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না খুরুমজে শ্রীঅদ্বৈতধনাবু খুরুমজে॥১॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীচৈতন্য প্রেম শিদবা উপানগী অনিশুবা অচৌবা মশা ওইবা, শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রগী মশা ওইবা. অদ্বৈতগী মনাই ওইবশিংবু ঐনা খুরুমজে। ইতি ॥২॥

শ্রীচৈতন্য উপানগী অনিশুবা মশা অদ্বৈত গোসাঞিনি। মাগী অয়াম্বা মশাশিংদো মহুগী শিংথাবা গুমলোই ॥২॥ শ্রীচৈতন্য মালীগী থৌজানগী ঈশিংনা থিকই। ঈশিং অহনা মশানা নোংমা নোংমগী চাওবা হেনগৎলি ॥৩॥ মশাশিংদা অযাম্বা প্রেম মহৈ পাল্লি। অহুগুম্বা প্রেম উহৈনা জগৎ থলখরে ॥ ৪ ॥ কৃপাগী ঈশিংনা মশাগী মশাদা থিক্কনা ফংহল্লি। মশাশিংগী মপান মহৈ চাওখত্তনা শন্থোক্লকই॥ ৫ ॥ অহানবদা অদ্বৈতগী মশাশিংদো অমতা ওইবম্মী। ঈশ্বরগী নোংদম্না তুংদা অনিথোক্লক্লে।।৬।। শ্রীঅদ্বৈতগী য়াথং ইনবা অমা ইন্দবা মনিংতম্বা অমা। লাইগী নোংদমদগী অরেপ্পা মত অমা সেমগৎপা মত অমা ।।৭।। অরেপ্পা অদ্বৈতগী মতুংইনবা মতৌদো অরেপ্পা সারনি। অদ্বৈতগী য়াথং ইন্দবা মনিংতম্বশিংদো লেপ্তবা অসাবনি ॥৮॥ অসারগী মমিং পল্লুবদো মসিদা কান্নদরে। অনি থোকই থংনবদা অমত্তা ওইনা হায়বনি ॥৯॥ ফোগা ফৌরামগা লোয়নবা পুন্না ওনবগুম্না। মতুংদা থপতোকপদা ফৌরামনা পাইথোকখিবগুম্বনি ।। ১০ ॥ অচ্যুতানন্দ অচৌবা মশানি শ্রীঅদ্বৈতগী মচা অহম্নি। পোকপদগী মানা চৈতন্যগী চরণ থোগল্লকই ॥১১॥ অদ্বৈতনা হায় শ্রীচৈতন্যগী গুরু শ্রীকেশব ভারতীনি। অসিগুম্বা মপাগী বা তাবদা অচ্যুতানন্দনা য়ামনা য়াবা ফংই ॥১২॥ চংজৌ শ্রীচৈতন্যনা জগৎ গুরুনি অম্মুম্না তাকপিরগা। করিনো নংগী অম্মুম্না তাক্লবদা দেশ

মাংবা তারে ॥ ১৩ ॥ মবোল তরামরিগী গুরুনি শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনা। অসিগুম্বা মাগী অতোপ্পা গুরু লৈ করিগুম্বা লাইরিক্তা হায়দ্দে ॥১৪॥ চহি মঙাগী অঙাং অচ্যুতানন্দনা মচি অবেপ্পা ৱাহৈসি হায়। তাবগা শ্রীঅদ্বৈতনা য়াম্না পেনবা ফংই ॥১৫॥ অমদি শ্রীঅদ্বৈতগী মচা কৃষ্ণমিশ্র কৌবা। মাগী থমোইদা শ্রীচৈতন্য গোসাঞিনা ফময় ॥১৬॥ অমদি অদ্বৈতগী মচা শ্রীগোপাল কৌবা। মহাককী লমচৎ তাবদা থোইদোক্পা অঙকপনি ॥ ১৭ ॥ শ্রীগুণ্ডিচা মন্দিরদা শ্রীমহাপ্রভুগী মমাংদা। সঙ্কীর্ত্তন্দা প্রেমনা য়ামনা মুংঙাইনা জগোই শাই ॥ ১৮ ॥ অঙকপা জগোইনি অয়াম্বা ভাবনা হকচাংদা ওই। শ্রীঅদ্বৈত শ্রীচৈতন্য অনিনা পুক্লিং মুংঙাইনা হরি শোল্লি ॥১৯॥ জগোই শানা শানা গোপালনা ৱাম্বরে। মশাদা জ্ঞান মাংহুনা পৃথিবীদা তাবে ॥২০॥ অদ্বৈত আ-চার্য্যনা ৱাবহুনা মচাবু কোনথংলি শ্রীনৃসিংহমন্ত্র শোন্দুনা মচাবু ঙাকললকই ॥২১ ॥ অদ্বৈতনা অয়াম্বা মন্ত্র শোনবদা জ্ঞান তাদরে। ৱারহুনা অদ্বৈতনা কপলক্লে ॥২২॥ মতমহুদা শ্রীমহাপ্রভুনা গোপালগী থমোইদা থুংনা পাইহুনা। হোগংলো গোপাল হরি হরি শোল্লো হায়রকই॥ ২৩ ॥ প্রভুগী খোঞ্জেল তাবদা, শোকপদা গোপাল হোগংলে। মুংঙাইবা ওইহুনা ময়াম্না খোন-থোক্পা কৃষ্ণ শোল্লি ॥২৪॥ ১দি অদ্বৈতগী মচা শ্রীবলরাম কৌবা। অমদি মচাগী মশক জগদীশ কৌবা মশানি ॥২৫॥ অদ্বৈতগী মনাই কমলাকান্তবিশ্বাস কৌবা। মনাইনা অদ্বৈতগী ব্যব হারবু মানা থংবা ওই ॥২৬॥ ক্ষেত্রদা কমলাকান্তনা চিঠি অমা ইবগা। প্রতাপরুদ্রগী মনাক্তা পীহুনা থাখি ॥ ২৭ ॥ অহুগুম্বা চিঠিগী ৱাদো অদ্বৈতনা খংদে। করিগুম্বা মরৈনা চিঠিহু প্রভুগী মফমদা থুংলে ॥২৮॥ চিঠি অহুদা ইবসিমক ইবিয়ে। ঈশ্বর অদ্বৈতদা মানা শেমকত্তুনা ॥ ২৯ ॥ তৌইগুম্না মাগী লাইগী নোংদমদগী লমন্ থরা তোল্লে। শ্রীঅদ্বৈতনা লমন্ শিংনবা লুপা চঙমদং পীয়্ নিরী ॥ ৩০ ॥ চিঠি পাবদা প্রভুগী পুক্লিংদা ৱাথরে। বদনচন্দ্রনা মপান্দা নোকহুনা খজিক্তং হায় ॥ ৩১ ॥ শ্রীঅদ্বৈতআচার্য্যবু অরেপ্পা ঈশ্বরনি। হায়বা মসিদা দোষ লৈতে অদ্বৈ-তনা অবেপ্পা ঈশ্বরনি ॥৩২॥ ঈশ্বরগী নোঙ্গুক্পা ভিক্ষাবু নিহল্লিবা। মরম অহুনা দণ্ডি তৌগে তম্বাববু তৌগে ॥৩৩॥ প্রভুনা গোবিন্দদা য়াথং পী, মসিদা ঙসিদগী। বাউলিয়া বিশ্বাসদো চংহল্লরুনু ইস্থোক্লে ॥ ৩৪ ॥ দণ্ডিবু তাবদা বিশ্বাসনা থোইদোকনা ৱারে। প্রভু-গী দণ্ডিবু তাবদা শ্রীঅদ্বৈতদি হরাওরে ॥ ৩৫ ॥ অদ্বৈতনা বিশ্বাসদা হায়, নংদি য়ামনা লাইবক ফবে। তৌবা ঙম্বা প্রভুনা নংঙেন্দো দণ্ডিবু তৌরে ॥৩৬॥ মমাংঙৈদা প্রভুনা ঐঙোন্দা ইকাই খুম্নরম্মী। পুক্লিংদা অৱাবা ফংডি ঐনা মহু কোন্না খল্লি ॥৩৭॥ ঐনা যোগ শাস্ত্রনা মুক্তিবু অথোইবনি হায়বা থোইনা তাল্লি। মহুদা প্রভুনা শাওহুনা ঐঙোন্দা মাইখিবা পী ॥ ৩৮ ॥ দণ্ডি ফংলবদা ঐগী থোইদোক্পা মুং-ঙাইরে। অহুম্বা দণ্ডিদো লাইবক ফবদগী মুকুন্দনা ফংখি ॥৩৯॥ অহুম্বা দণ্ডিবু ফংবদগী শ্রীশচিনা লাইবক ফখি। অহুগুম্বা দণ্ডি থৌজানবু অঙোম্বা মীনা কদায়দগী ফংগনি ॥ ৪০ ॥ অসি হায়হুনা অদ্বৈতনা মঙোন্দা থাম্বীরগা। মুংঙাইনা মহাপ্রভুগী নাক্তা লাকচরে ॥ ৪১ ॥ প্রভুদা হায় ইবুংঙোগী লীলাসি থংদরে। ঐঙোন্দগী হেন্না কমলাকান্ত-বিশ্বাসবু থৌজানকম ওইরে ॥৪২॥ অহুম্না ঐঙোন্দা মকপু করিগুম্বদা থৌজানবিদ্রি। নংগী চরন্দা ঐনা করি অপরাধ তৌবননো ॥ ৪৩ ॥ অসি তাৱবদা মহাপ্রভুনা নোক্লকই। হরাওহুনা প্রভুনা কমলা-কান্তবু কৌশিন্দুনা লৌথংলে ॥৪৪॥ অদ্বৈতনা হায় করিগীদমক মাবু উহনবীরিবনো। ঐঙোন্দা মরম অনি থোক্পা লাক্লে ॥৪৫॥ তাবদা প্রভুগী পুক্লিংনা

অপেনবা ওইরে। শ্রীগৌর অদ্বৈত অনিগী থমোইদো অহুগুম্বা অনিনা থংই ॥৪৬॥ প্রভুনা হায় বাউলিয়া অহুম্বা করিগীদমক তৌবনো। অহুগুম্বা মচংনা অদ্বৈতগী ইকাইবনা ধর্ম্মবু মাওন্ডি ॥৪৭॥ করিগুম্বদা নিংথৌগী মরন দান লৌফদে। বিষয়গী চেং চার বাদি পুক্লিং ফংলক্লে ॥ ৪৮ ॥ পুক্লিং ফংলকত্রবদি শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংবা ওইদ্রে। শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংববু নৱনা পুনসীগী মহৈ য়ানদরে। ৪৯॥ মীবু ইকাই-বনা ধর্ম্মগী মিংচৎ মাওন্ডি। অসি থংনা অহুগুম্বা থবক করিগুম্বদা তৌকনু ॥ ৫০ ॥ মসি পুন্নমক্তা ভাকপনি পুন্নমক্তা পুক্লিংনা তৌই। অদ্বৈতগোসা-ঞিগী পুক্লিংদা য়ামনা নুংভাইরে ॥ ৫১ ॥ আচার্য্যগী পুকচেন্দি প্রভুতনা থংডি। প্রভুগী অশুকপা য়াইদে। আচার্য্যনা থংডি ॥৫২॥ অসিগুম্বা থৌদোক-সিদা থম্নানিংভাই য়ামনা লৈরে। লাইরিক চাও-গনি কিবনা ইজগদবদা ভমদ্রে ॥৫৩॥ শ্রীযদুনন্দনা-চার্য্য অদ্বৈতগী মশানি। মাগী মথং মশাগী শিংথা লৈরে ॥ ৫৪ ॥ যদুনন্দন কৌবদো বাসুদেবদত্তগী থৌজানকন্নি। পুন্নমক্তা শ্রীচৈতন্যগী শ্রীচরন্দা চংজ-নুনা লৈ ॥৫৫ ॥ ভাগবত আচার্য্য অমদি বিষ্ণুদাস আচার্য্য। চক্রপাণিআচার্য্য অমদি অনন্তআচার্য্য ॥৫৬॥ নন্দিনী অমদি কামদেব চৈতন্যদাস। দুর্ল্লভ বিশ্বাস অমদি বনমালীদাস ॥৫৭॥ জগনাথকর ১দি ভবনাথকর। হৃদয়ানন্দসেন অমদি ভোলানাথদাস ॥৫৮॥ যাদবদাস, বিজয়দাস, জনার্দ্দনদাস। অনন্ত-দাস, কানুপণ্ডিতদাস, নারায়ণ ॥ ৫৯ ॥ শ্রীবৎস-পণ্ডিত ব্রহ্মচারী হরিদাস। পুরুষোত্তম পণ্ডিত ১দি রঘুনাথ ॥ ৬০ ॥ পুরুষোত্তম ব্রহ্মচারী অমদি কৃষ্ণ-দাস। বনমালী কবিচন্দ্র অমদি বৈদ্যনাথ ॥ ৬১ ॥ লোকনাথ পণ্ডিত অমদি মুরারি পণ্ডিত। শ্রীহরিচরণ অমদি মাধব পণ্ডিত ॥ ৬২ ॥ বিজয় পণ্ডিত অমদি শ্রীরাম পণ্ডিত। মশিং নাইদবা অদ্বৈতগী মশানি মমিং কয়ামরুম. হায়গবা ॥ ৬৩ ॥ শ্রীচৈতন্য মালীনা পীবা ঈশিংনা অদ্বৈত মশানা ফংই। অহুগুম্বা ঈশিংতনা মশাশিংনা হিংডি মপান মহৈ ফংই ॥৬৪॥ মসিগী মরক্তা কনাগুম্বা মশা-শিংনা মতুংদা চৈতন্যবু য়াই। লাইগী নোংদম থিবনা শ্রীচৈতন্য মাগীবু য়াদে ॥৬৫॥ মানা পোক-হনবা হিংহনবা মাবু য়াদববা। তৌবিমল থংদ্রে মভোন্দা অদ্বৈত মশানা শাওরে ॥ ৬৬ ॥ শাওহুনা অদ্বৈত মশানা মভোন্দা ঈশিংবু থিক্তরে। ঈশিং ফংদ্রবদা পিকশিল্ল কংহুনা শিরে ॥৬৭॥ শ্রীচৈতন্য লৈত্রবা হকচাংদা অকংবশিংগা মান্নে। মীদো হিংলিডৈদা শিবে মাবু যমনা দণ্ডি তৌই ॥ ৬৮ ॥ চৈতন্য য়াবশিংগী মফমদা লেপনা দণ্ডিদো তৌদে। মীহুনা শ্রীচৈতন্যদগী মাই ওস্থোকপা মীদো পাষ-ণ্ডিনি ॥ ৬৯ ॥ কবিনো পণ্ডিত কবিনো তপস্বী করিনো যতি-যুমপানবা ওইসনু। মথোয়শিংনা চৈ-তন্যদগী মাই ওস্থোক্লবদা যমদগী দণ্ডি ফংই ॥৭০ ॥ শ্রীঅচ্যুতানন্দগী মতৌবু মী মীহুনা লৌরবা। মহু অদ্বৈতগী কাংলুপনি মহা বৈষ্ণনি ॥ ৭১ ॥ মীহুনা অচ্যুতগী মতৌ লোবা মীদো অরেপপা মতৌনি। অমদি অয়াম্বগী মতৌদো পুন্নমক মাংলবনি ॥৭২॥ অহু অহুগুম্বা শ্রীঅদ্বৈতগী থৌজানফম মীনা। অন্নাবা লৈতনা অহুগুম্বা শ্রীচৈতন্যগী শ্রীচরণবু ফংই ॥৭৩॥ অহুগুম্বা অদ্বৈতগী কাংলুপপু এৈনা কোটিরক থুকমজে। অচ্যুতানন্দ মাগী শ্রীচৈতন্যনা চংথোন্না হিংলি ॥ ৭৪ ॥ অসিগুম্বা শ্রীঅদ্বৈতগী মশাশিংবু হায়ববসিনি। শ্রীগৌর, নিত্যাই, অদ্বৈতঅহুম্মক্কী মশাশিংগী মশকপু সুপনা হায়রবনি ॥ ৭৫ ॥ শ্রী-অদ্বৈতগী মশাগী মথং মশাশিংবু শিংথাদরে। থজিক্তুং মাইকৈ উত্তুনা হায়বনি ॥৭৬॥ শ্রীগদা-ধর পণ্ডিতকী য়ামনা থোইদোকপা মশাশিং। মাগী মথং মশাশিংবু থজিক্তুং শিংথাগে ॥ ৭৭ ॥

শ্রীগদাধরগী অথোইবা মশা ধ্রুবানন্দ শ্রীধরব্রহ্ম-চারী। ভাগবত আচার্য্য হরিদাস ব্রহ্মচারী ॥৭৮॥ অনন্ত আচার্য্য কবিদত্ত মিশ্র নয়ন। গঙ্গামন্ত্রী মামু ঠাকুর কণ্ঠাভরণ ॥৭৯॥ ভূগর্ভ গোসাঞি অমদি ভাগবতদাস। অনিসিনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকতুনা লৈবনি ॥ ৮০ ॥ বাণীনাথ ব্রহ্মচারী য়ামনা পুকচেন কবা। বল্লভ চৈতন্যদাসনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মশকনি ॥৮১॥ শ্রীনাথচক্রবর্ত্তী অমদি উদ্ধবদাস। জিতামিশ্র কাষ্ঠাকাটা, জগনাথদাস ॥৮২॥ শ্রীহরি আচার্য্য সাদিপুরিয়া গোপাল। কৃষ্ণদাস ব্রহ্ম-চারী পুষ্প গোপাল ॥৮৩॥ শ্রীহর্ষরঘুমিশ্র পণ্ডিত লক্ষ্মীনাথ। রঙ্গবাটি চৈতন্যদাস শ্রীরঘুনাথ ॥ ৮৪ ॥ চক্রবর্ত্তী শিবানন্দ থোইদোকপা মশানি। শ্রীমদন গোপালগী চরন্দা মহাককী য়্যাডাইজৈ ॥৮৫॥ অমোঘ পণ্ডিত হস্তিগোপাল চৈতন্য বল্লভ। শ্রীযদুগাঙ্গুলী অমদি মঙ্গল বৈষ্ণব ॥৮৫। শ্রীগদাধরগী মশাশিংবু স্থূপনা হায়রবনি। অস্তুম্না অমদি মশা মথংগী মশাশিংগী হায়রবনি ॥৮৭॥ শ্রীগদাধরগী মশাশিংসি অতাংবা বৈষ্ণবনি। পুম্নমক অসিগী শ্রীচৈতন্যনা থরাইগী চায়বনি ॥৮৮॥ শ্রীচৈতন্য উপানগী মশা অহুমগী মথং মশাশিংবু হায়রবনি, স্থূপনা। মথোইবু নিংশিংবদা অপুনবু কোকই ॥ ৮৯ ॥ মথোয় পুম্নমককী নিংশিংবদা শ্রীচৈতন্যগী চরণবু ফংই। মথোয় পুম্নমককী নিংশিংবদা অপাম্বব থুংই ॥৯০॥ মরম অহুনা মথোয়শিংগী চরন্দা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যমালীগী লীলাবু মথংশিংনা হায়রি ॥৯১॥ শ্রীগৌরগী লীলাদি অমৃতগী লানঙমত্রবা চাংজো নাইদবা সমুদ্রনি। লীলা সমুদ্রদা কুম্‌গদবদা থৌরাংবু কনানা ঙমগবা ॥ ৯২ ॥ মতুগী মধুর্য্যগী মনম্বু পুক্লিংনা পামজহুনা। নিংবা মবম অহুদগী মপান্দা লৈহুনা মরিক অমতংবু চাজবনি ॥ ৯৩ ॥ শ্রীরূপ রঘুনাথকী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥৯৪॥

ইতি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা শ্রীঅদ্বৈত অমসুং শ্রীগদাধরগী মশা মথংগী মশাশিংবু হায়বা তরানিথোইশুবা পরিচ্ছেদনি।

# ত্রয়োদশ পরিচ্ছেদ

স প্রসীদতু চৈতন্যদেবো যস্য প্রসাদতঃ। তল্লীলাবর্ণনে যোগ্যঃ সদ্যঃ স্যাদধমোঽপ্যয়ম্ ॥১॥

সর্ব্বসদ্‌গুণপূর্ণাং তাং বন্দে ফাল্গুনপূর্ণিমাম্। যস্যাং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যোঽবতীর্ণঃ কৃষ্ণনামভিঃ ॥২॥

---

**অন্বয়ঃ** ।—যস্য—মাগী, প্রসাদতঃ—থৌজাল্দগী, অয়ং—অসিগুম্বা ঐনা, অধমঃঅপি—অতোনবা ওইত্রুনসু, তৎলীলাবর্ণনে—মহাককী লীলাবু লেংবদা, সদ্যঃ—খুৎথক্তা, যোগ্যঃ—মতিক চাবা, স্যাৎ—ওই, স—অদুগুম্বা, চৈতন্যদেবঃ—শ্রীচৈতন্যদেবনা, প্রসীদতু—থৌজানবিসনু । ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ** ।—সর্ব্বসদ্‌গুণপূর্ণাং—অয়াম্বা অরেম্বা গুন্না থল্লবা, তাং—অদুগুম্বা, ফাল্গুনপূর্ণিমাং—লমদাগী পূর্ণিমাবু, বন্দে—ঐনা খুরুম্মী, যস্যাং—লমদাগী পূর্ণিমাদা, শ্রীকৃষ্ণনামভিঃ—শ্রীকৃষ্ণগী নাম থিবিককা লোয়ননা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা, অবতীর্ণঃ—পোকই । ইতি ॥২॥

---

**অনুবাদঃ** ।—মাগী থৌজাল্দগী অসিগুম্বা ঐনা অতোনবা ওইত্রুনসু মহাককী লীলাবু লেংবদা খুৎথক্তা মতিকচাবা ওই, অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যদেবনা থৌজানবিসনু । ইতি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্রবু হন্না হন্না খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে ॥১॥ শ্রীগদাধরবু হন্না খুরুমজে শ্রীবাসবু খুরুমজে। শ্রীমুকুন্দ বাসুদেববু খুরুমজে হরিদাসবু খুরুমজে ॥২॥ শ্রীদামোদরস্বরূপপু খুরুমজে মুরারি গুপ্তবু খুরুমজে। অসিগুম্বা অযাম্বা থাশিংনা থোক্ল-বদা অমম্ববু কোকই ॥ ৩ ॥ শ্রীচৈতন্যচন্দ্রগী ভক্ত থাশিংনা জয় ওইরি। পুম্নমককী প্রেমগী থাবলনা মরোল অহুম্মক ঙাল্লি ॥৪॥ লাইরিককী অহৌবদা হায়গদৌববু হায়রবনি। হৌজিক চৈতন্যগী লীলাগী মথং মনাওদো হায়রি ॥৫॥ অহানবদা শ্রীচৈতন্যগী লীলাবু সূত্র ওইনা শিংথারি। মতুংদা মদো শন-ভোক্না হায়রক্লগে ॥৬॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা নবদ্বীপ্তা পোক্লে। চহি নিফুনিপান উহল্লবা লীলাবু শাল্লে ॥৭॥ শোক লিশিং অমা চাম্নরি সুপনা তরেৎতা পোকই হায়রি। শোকলিশিং অমা চামরি মাংখৈ মঙাদা থুপখি ॥ ৮ ॥ পোকপদগী চহি কুনমরিনা প্রভুনা যুমদা লৈ। অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্কীর্ত্তন্দা শাল্লে ॥৯॥ চহি কুনমরি লোম্বদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌই। চহি কুনমরি নিলাচল্দা প্রভুনা লৈ ॥১০॥ মতুংগী মমুংদা চহি তরুক্তা হঙ্গৎ হন্দা চংলি। করিগুম্বদা মথাদা, করিগুম্বদা গৌড়দেশদা, করি-গুম্বদা বৃন্দাবন্দা ॥১১॥ চহি তরানিপান্না ক্ষেত্রদা লেংদনা লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী নামপ্রেমামৃতনা পুম্নমক তাওহল্লি ॥১২॥ প্রভুগী যুমপানবদা লৈবা লীলাবু আদি লীলা কৌই। সন্ন্যাসগী শেষ লীলাদা মধ্য-অন্ত মমিং অনি থোকই ॥ ১৩ ॥ আদি লীলাগী প্রভুগী অয়াম্বা চরিতপু। মুরারি করচাদা মুরারি গুপ্তনা সুপনা লেংথরে ॥১৪॥ প্রভুগী অদুগুম্বা শেষ লীলাবু স্বরূপদামোদরনা। স্বরূপকরচাদা সুপনা সূত্র ওইনা লেংথরে ॥১৫॥ অনিগী অসি-গুম্বা সূত্র তাজরুনা ভমজরুনা। অদুগুম্বা বৈষ্ণবকী মথং মনাও ঐনা লেংজরি ॥ ১৬ ॥ অঙাং সুপামচানা, পাথং মচা, পাথং, মীওই মথন মরি।

থোকপা মরমনা আদি লীলাদা মথল মরি থোকই ॥ ১৭ ॥

**অনুবাদ ঃ**—অয়াম্বা অরেপ্পা গুন্না থল্লবা অচ্-গুম্বী লমদাগী পূর্ণিমাবু ঐনা খুরুম্মী। লমদাগী পূর্ণিমাদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম থিবিকৃকা লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা পোকৃই। ইতি ॥২॥

লমদাগী পূর্ণিমাগী সন্ধ্যাদা প্রভুগী পোকপনি। মতমতুদা লাইগী নোংদমদগী চন্দ্রগ্রহন তৌই ॥১৮॥ জগৎ পুম্নমক্না হরাওনা হবি হরি হায়না শোল্লি। নাম শোন্‌হল্লগা শ্রীচৈতন্য প্রভুনা পোকই ॥ ১৯ ॥ পোকপা, অঙাং, মুপামচা, পাথংমচা, পাথংগী মতমদা। প্রভুনা অয়াম্বা মবৈ তৌত্নুনা হরিনামবু শোনহল্লি ॥২০॥ অঙাংগী মবৈ তৌত্নুনা প্রভুনা কপ-লকৃই। শ্রীকৃষ্ণগী হরিনাম তাবদা প্রভুনা কপ্পা তোকতুনা লৈ ॥২১॥ মরম অত্নুনা মুপীশিংনা হবি হবি হায়না শোল্লি। অতুগুম্বা অয়াম্বা মরূপ মপাং-শিংনা য়েংগদবগী লাকই ॥ ২২ ॥ মাবু গৌরহরি কৌত্নুনা অয়াম্বী মুপীশিংনা নোকই। মরম 'ত্নুনা মাগী মমিং শ্রীগৌরহরি কৌই ॥ ২৩ ॥ অতুপকী মথৈ বাল্যগী চহি মঙাগুবা, লাইবিক তম্বা খুত্তা থড়ৈজে পায়বদগী হৌবা। অতুপকী মথৈ লুহোং-ত্রিফাওবা মুপা মচাগী মীওইনি ॥ ২৪ ॥ পাথংমচা ওইরকপদা লুহোংঙি। প্রভূনা পুম্নমক্না নাম সঙ্কীর্ত্তনবু লৌহল্লি ॥২৫॥ প্রভুনা মুপামচাগী মীওইদা লাইরিক তম্বী, শিষ্যশিংদা তম্বী। পুম্নমক্না কৃষ্ণগী নামগী মরোনতা ঙাংঙি ॥২৬॥ ব্যাকরণগী সূত্র বৃত্তি পাঁজিটীকাবু শ্রীকৃষ্ণদা তানা অর্থ তৌই। অঙকপা তৌবা ওম্বদো। শিষ্যশিংগী থাজহল্লি ॥ ২৭ ॥ মাবু উবদা মঙোন্দা প্রভুনা কৃষ্ণগী নাম শোল্লু হায়। শ্রীকৃষ্ণগী নামদা নবদ্বীপ পুম্নমক তাওহল্লি ॥ ২৮ ॥ পাথংমচা ওইরক্লবদা সঙ্কীর্ত্তন হৌরক্লে। ভক্তশিং লোয়নত্নুনা অহিং মুংথিল্লদা প্রেমদা জগোই শাই ॥ ২৯ ॥ থুল্ থুল্ থুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্নুনা কোই। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তি পীত্নুনা মরোন অহুবু তাওহল্লি ॥৩০॥ যৌবনগী চহি কুনথরি চুপনা অমুম তৌনা নবদ্বীপ গ্রামদা। পাথং কায়বদা প্রভুনা মী পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী নামপ্রেমবু লৌহল্লি ॥৩১॥ চহি কুনমবি লোম্বদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌত্নুনা। ভক্ত-শিংগা লোয়ননা শ্রীনীলাচন্দা লৈথি ॥ ৩২ ॥ নীলা-চন্দা লৈবা অতুগী মমুংদা চহি তরুক হঙ্গৎ চন্দা চত্তুনা। জগোই শাই ঈশৈ শক্তুনা কৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিবু তত্তনা জগত্তা য়েল্লি ॥৩৩॥ সেতুবন্ধ অমদি গৌড়দেশ, শ্রীবৃন্দাবন শিনথুংনা। কোইত্নুনা কৃষ্ণগী নাম প্রেম ভক্তি য়েল্লুরগা ক্ষেত্রদা লৈরে ॥৩৪॥ চহি তরুক্কী লীলা অসি লীলাগী মরু ওইবনি মধ্যলীলা কৌই। মমৈদা চহি তরানিপান শান্নবা লীলা অন্ত কৌই ॥৩৫॥ মতুগী মমুংদা চহি তরুকনা ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রভুনা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমভক্তিবু লৌহল্লগা প্রভুনা হরাওনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই ॥ ৩৬ ॥ মমৈগী চহি তরানিথোই নীলাচন্দা লেংদনা লৈত্নুনা। প্রেম চাবগী মবৈনা প্রেমগী মশকপু তম্বীত্নুনা ফং-হল্লি ॥ ৩৭ ॥ অহিং মুংথিন্দা শ্রীকৃষ্ণ কাইনবদো ফাওরক্লে। মন্নাই কাবগী মশক ওইরে অরাবত্তা ঙাংলে ॥৩৮॥ শ্রীউদ্ধব উবদা শ্রীরাধাগী অরাবা ঙাংবগুম্না। প্রভুনা মতৌ অতুম্না মন্নাই কাত্নুনা অহিং মুংথিলদা অরাবত্তা ঙাংঙি ॥৩৯॥ বিদ্যাপতি চণ্ডীদাস জয়দেবগী ঈশৈশিংবু। স্বরূপ রামানন্দ-লোয়ননা শক্তুনা রসবু প্রভুনা চারি ॥ ৪০ ॥ শ্রীকৃষ্ণ কায়নবগী অয়াম্বা প্রেমগী মশক্তো। চাত্নুনা প্রভুনা মাগী অপাম্ববু থুংওরি ॥ ৪১ ॥ শ্রীচৈতন্যগী অরোম্বা লৈতবা লীলাবু পীক্লবা জীবা ওইবা কনানা মতুবু শন্তোকনা লেংবা ওমগদগে, ওমলোই ॥৪২॥ অনন্ত মামা শুপন্দা শিংথাবা মতমদা লীলাগী অরোম্বা ওমথৈদো মচিন্ লিশিংনা কংখা ওমদে ॥৪৩

শ্রীদামোদর স্বরূপনা, অমদি মুরারিগুপ্তনা। লীলা-গী মরু মরু থম্মুনা সূত্রদা ইহ্নুনা লৈরি ॥৪৪॥ লীলা-গী সূত্রশিংনা তৌবগী মতুংইন্না লীলাবু। শ্রীচৈতন্য ভাগবতা শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শন্তোক্না লেংজবনি ।৪৫॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাগী শ্রীবৃন্দাবনদাসনা ব্যাসনি। মতংশিনা থুমনা তৌহ্নুনা লীলাবু মানা লেংথোকই ॥৪৬॥ লাইরিক চাওগনি কিবনা মানা থাদোক্লম্বা অহু অহুগুম্বা মফমবু। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা অহু অহুগুম্বা মফমদো থজিক্তং হায়জগে।৪৭। প্রভুগী লীলা রসবু মানা চাখরবনি। মাগী চাখরবগী মথাকপু থজিক্তং ঐনা চাজবনি ।।৪৮।। আদি লীলাগী সূত্র ইরি ভক্তশিংনা তাবিরো। চংথোন্না ইবা ভমজদহ্নুনা সুপনা ইজরি ।।৪৯।। শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী করিগুম্বা অপাম্বা থুংনবগীদমক্তা। পোক-লগে পোক্লগা অপাম্বা থুংগনি হায়না লেপলে ।৫০॥ অহানবদা অহু অহুগুম্বা লোইনবা গুরুশিংবু পোক-হল্লি। মহু সন্তোক্না হায়রবোই সুপনা হায়বগে ॥৫১॥ শ্রীশচী জগন্নাথ মাধবপুরী। কেশব ভারতী অমদি শ্রীঈশ্বরপুরী ।।৫২।। শ্রীঅদ্বৈতআচার্য্য ১দি শ্রীবাস পণ্ডিত। আচার্য্যনিধি বিদ্যানিধি হরিদাস ঠাকুর ।৫৩।। শ্রীহট্টতা লৈবা শ্রীউপেন্দ্রমিশ্র কৌবা। ইনাকখুনবা বৈষ্ণব পণ্ডিত অরেপ্পা গুণগী লৈফম্লি ॥৫৪॥ ঈশ্বর ওইবা ঋষী তরেৎনা মাগী মচা ওইনা মিশ্র তরেৎ পোকই। কংসারি, পরমানন্দ, পদ্মনাভ, সর্ব্বেশ্বর ।।৫৫।। জগন্নাথ, জনার্দ্দন, ত্রৈলোকনাথ তরেৎসিনি। নদীয়াদা গঙ্গা মপান্দা শ্রীজগনাথ মিশ্রনা লৈরে ।। ৫৬ ।। জগনাথ মিশ্রগী অচৌবা মিংথোল্লি—পুরন্দরনা। অরেপ্পা মগুন্না মসুগুম্বনি, শ্রীনন্দবসুদেবগী মশক্লি ।। ৫৭ ।। মাগী মদুম্বীনা শচী কৌই মপুরোইবগী চাকহেনবী সতীনি। শচীগী মপান্না শ্রীনীলাম্বরচক্রবর্ত্তীনি ।। ৫৮ ।। রাঢ দেশদা শ্রীনিত্যানন্দ ঠাকুর পোকই। গঙ্গাদাস পণ্ডিত, মুরারি গুপ্ত, মুকুন্দ ।।৫৯।। মশিং নাইদবা ভক্তশিংগী পোক্লবগী। মতুংদা শ্রীব্রজ নিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা কোন্না পোকই ।৬০। প্রভুগী মমাংদা হান্না পোক্লবা অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংনা। শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্য-গী মফমদা চৎতুনা তিন্নৈ ॥৬১॥ গীতা শ্রীমদভাগ-বতপু শ্রীআচার্য্য গোসাঞিনা হায়। জ্ঞান্না কর্ম্মনা অরাংপনি শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমভক্তিনা অথোইবনি ॥৬২॥ শ্রীভাগবতনচিংবা অযাম্বা লাইরিক্তা শ্রী-কৃষ্ণগী ভক্তিগী মশক তাকলি। জ্ঞান যোগ, কর্ম্ম যোগদগী হেন্না শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু লৌহল্লি ॥৬৩॥ মাগী তিন্নবতনা বৈষ্ণবশিংগী কাংলুপনা মুংডাই। শ্রী-কৃষ্ণ পূজা শ্রীকৃষ্ণমন্ত্র নামবু থরাই য়াওনা শোন্নবি ॥ ৬৪ ॥ তৌইগুম্বসুং অযাম্বা জগৎনা শ্রীকৃষ্ণদগী মাই ওন্থোক্তুনা। বিষয় মায়াগী অপাম্বদা পুক্নিং চংবা উবদা যামনা য়াথবে ।।৬৫।। জগৎকী লান্ন-নবা মরমবু অদ্বৈতনা খল্লি। অমুক য়াম্বা জগৎপু কবন্না লানগবা ।।৬৬।। শ্রীকৃষ্ণনা পোক্তুনা প্রেম-ভক্তিবু য়েন্দুনা চৎহল্লবা। মতমতুদা অসিগুম্ব অযাম্বা জগৎকী লানগনি ॥৬৭॥ শ্রীকৃষ্ণনা পোক্লবগী দমক্তা অদ্বৈতনা য়াশক্তুনা। গঙ্গাগী জল, তুলসী কৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু পূজা তৌই ॥৬৮॥ অদ্বৈতনা মা মন্ত্রগা লোয়ননা কুইনা ভংহুনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌই অদ্বৈতনা ওঙ্কারনা শ্রীব্রজ নিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণ চিংডক্তুনা ॥৬৯॥ শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী মমনি শচী গর্ভদা পোকহল্লি। মথং মথং অহানবদা মচানুপ নিপান পোকল পোকলগা শিথবে ॥ ৭০ ॥ মা কাইনবা অমসুং ফংব্রবদা মিশ্রগী পুক্নিং য়াথরে মচা ফংনবগীদমক শ্রীবিষ্ণুগী চরন্দা নিংজৈ ॥ ৭ মতমতুদা বিশ্বরূপ কৌবা মচা অমা পোকখে মদো অথোইবা গুন্না তিন্নবা বলরামগী বিলাস ॥৭২॥ শ্রীবলরামগী বিলাসনা সঙ্কর্ষণ কৌহ্নুমা প ব্যোমদা লৈবা। মানা জগৎকী পোকফম

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ কং ১৫ অং ৩৫ শ্লোক :—

নৈতচ্চিত্রং ভগবতি হ্যনন্তে জগদীশ্বরে। ওতং প্রোতমিদং বিশ্বং তন্তুষ্বঙ্গ যথা পটঃ ॥৩॥

**অন্বয়ঃ** ।—অঙ্গ— হে পরিক্ষিৎ, ভগবতি—মতিক চাওবা, অনন্ত—লোম্বা লৈতবা, জগদীশ্বরে—জগৎকী মপুদা, হি—লেপনা, এতৎ—মসি, নচিত্রম্—ওঙ্খোকপা নত্তে, যস্মিন—জগৎকী মপু ঈশ্বরদা, ইদংবিশ্বং—জগৎ অসিনা. ওতং- মযুং কাবগা, প্রোতং—মফেলগা তিনত্তুন। লৈবা, তন্তুষু- লং খিবিক্তা, পটঃ—ফিনা, যথা—তৌবগুম্মী। ইতি ॥৩॥

পোকইবা মরম ওইবি ॥৭৩॥ মডোন্দা নত্তুনা জগৎকী অতোপপা মশক অমা থজিক্তং লৈতে। মরমত্তুনা অত্তুগুম্বা মহাকপু মমিং শ্রীবিশ্বরূপ কৌই ॥৭৪॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীশুকদেবনা হে পরীক্ষিৎ নিংথৌ! মতিক চাওবা লোম্বা লৈতবা জগৎকী মপুদা লেপ্পা মসি ওঙ্খোকপা নত্তে। জগৎকী মপু ঈশ্বরদা জগৎ অসিনা মযুং কারগা মফেনগা তিন্দুনা লৈবা লং খিবিক্তা ফিনা তৌবগুম্মী। ইতি ॥৩॥

মরম অত্তুনা মানা প্রভুগী ময়াম্বা ওইরি। শ্রীকৃষ্ণ বলরাম অনিনা শ্রীগৌর নিত্যাই ওইররে ॥৭৫॥ মচাবু ফংলবদা শ্রীমিশ্র-শচী অনিনা পুক্নিং মুং-ঙাইরে। থোইদোক্না শ্রীগোবিন্দগী চরণ সেবাবু তৌজরে ॥৭৬॥ শোক লিশিং অমা চামরি সুপনা তরেৎকী মমৈ রাকচিং থাদা। শ্রীজগন্নাথদগী শচীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণগী মশকনা গর্ভাবতী ওই ॥ ৭৭ ॥ মিশ্রনা শচীদা হায়— অতোপপা মচৎ ১ উই। হকচাংদা মঙানগী মশক ওই যুমদনা শ্রীলক্ষ্মীনা লৈবগুমই ॥৭৮॥ মফম থুদিংদা অয়াম্বা জগৎনা ইকাই খুমনৈ। যুমদা লন্, ফিরোন, কৌ-নচিংবা পুরক্তুনা পৈরৈ ॥৭৯॥ শ্রীশচীনা হায় ঐনা আকাশকী মথক্তা উই। লাইগী মশক ওইবা। অয়াম্বা জগৎনা হায়জবগুম্মী করিনো ॥৮০॥ মিশ্রনা হায় ঐসু অত্তুগুম্মা মংদা উই। মঙান্না ফজবা মশক অমা ঐগী থমোইদা চংখি ॥৮১॥ ঐগী থমোই-দগী নংগী থমোইদা চংখরে। অথোইবা কনাগুম্বনা ইচা ওইনা পোক্কদোবিমানন অসুম্না খল্লি ॥ ৮২ ॥ অসি হায়ত্তুনা শচী মিশ্রনা মুংঙাইনা লৈরে। থোইদোক্না লাংত্তুনা শ্রীশালগ্রামগী সেবাবু তৌরে ॥৮৩॥ নোংম-নোংমদগী থা তরাহুমদোই গর্ভাবতী ওইবে। অত্তু ফাওবদা পোকত্রে, মিশ্রগী থরাই রাথরে ॥ ৮৪ ॥ শ্রীনীলাম্বর চক্রবর্ত্তিনা খোক্তুনা য়েংলগা হায়। হন্দককী লমদা থাগী অফবা ক্ষন্দা নচা ফংগনি হায়রম্মী ॥ ৮৫ ॥ শোক লিশিং অমা চামরি সুপনা তরেত্তা অত্তুগুম্বা লমদা থাগী পূর্ণিমা মুমিৎকী সন্ধ্যাগী অফবা মতমদা ॥ ৮৬॥ সিংহ রাশি সিংহ লগ্ন অরাংব' গ্রহশিংনা তিম্নবা। ষড়বর্গ অষ্টবর্গ অয়াম্বা সুলক্ষম্না তিনবা থাংজ মুমিত্তা ॥৮৭॥ অমকপা লৈতবা গৌরচন্দ্রনা থোক্লরগনি। অমক-পা লোয়নবা থানা অমদি করি কাম্নগনি ॥ ৮৮ ॥ অসিবু খংনা রাহুনা থাবু গ্রহন তৌখরে। কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা হরিনামদা জগৎ পুম্নমক তাওখরে ॥৮৯॥ জগৎ থম্না মীয়ামনা হরি হরি হায়না শোল্লে। মতম অসিদা শ্রীগৌরকৃষ্ণনা পৃথিবীদা পে ক্লে ॥৯০॥ অয়াম্বা জগৎ পুম্নমক্কী পুক্নিং পেনখবে। যবন্না হিন্দুবু নোক্নবা ওইনা হরি শোল্লে ॥ ৯১ ॥ হরি শোন্দুনা মুপীশিংনা হন্দোক হঞ্জিন চৎলি। লাইনা হরাওনা স্বর্গদা পুং যৈত্তুনা জগোই শাই ॥ ৯২ ॥ মাইকৈ তরা ঙাল্লে তুরেলগী ঈশিংসু লূবে। অচৎপা চত্তবা জীব পুম্নমক মুংঙাইবনা ঙাওবে ॥ ৯৩ ॥ 'থোকক্ক' চীং নদীয়াদা, অনিনবা থা

ফংলে য়াম্না পেনববু, মচাদগী হেন্না মুংশিবনা থমোই পেল্লে ॥১১২॥ কোক্তা তিঙোই, ফৌ হাপ্নী অয়াম্বা বর পীবি, পুনসিবা ওইয়ু নচিন ননাও অনিনা। ডাকিনী শাকিনীদগী, থমোইদা চিংনবা পোকপা, অকিবা কোরুবা নিমাই থোল্লে ॥১১৩॥ মমা মচা ইকবা সুমিত্তা, ফিস্নু লৈতেংস্নু থোল্লে মচাগা লোয়ননা মিশ্রবু ইকাই খুম্নবী। শ্রীশচী মিশ্রগী পূজা লৌহুনা, পুকনিংদা হরাওনা যুমদা হল্লক্কে সীতাঠাকুরাণীনা ॥১১৪॥ অস্তুন্না শচী জগন্নাথনা লক্ষ্মীগী মবুংভোনা মচা ওইবনা অযাম্বা অপাম্ববু থুংবা ওইরে। ফৌ, লন্না যুমদা থল্লে, জগৎনা ইকাই খুম্নবা মশানা, নোংম নোংমগী মুংডাইবা ওইরে ॥১১৫॥ মিশ্রনা বৈষ্ণবনি, তম্নী, শৌনমদে শেংই পীনহৈ, ইনাক খুল্লি নাপন তৌদে। মচাগী মতিক্না অয়াম্বা, লন লাক্কুনা তিনবা অত্থুপকী মথৈ, শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা ব্রাহ্মণদা দান তৌই ॥১১৬॥

পুক্লিং হরাওনা লগ্ন খোংলি, নীলাম্বরচক্রবর্তীনা মিশ্রদা থুপ্পা থজিক্তং হায়। ঈশ্বরগী খুদম পকই, হকচাংদা তোঙান তোঙান্না, মানা সংসারবু লান-বাগনি উরে ॥১১৭॥ অস্তুন্না প্রভুনা শচীগী মমদা থোজান্না পোক্লরে ; মসিবু মীহুনা তারবদা। থৌ-জানগী গৌর প্রভুনা, মডোন্দা থৌজ্রানবীবা ওই ; মাগী শ্রীচরণবু মীহুনা ফংই ॥১১৮॥ মীগী মপোক ফংলগ', মানা গৌবগী গুণবু তাদরবা, অহুগুম্বা মীগী মপোক্তো অরেম্বনি। অমৃতগী তুরেল ফংলগা হু ওইবা গুহাগী ঈশিংবু থকপগুম্বনি, মদো পোক-লরগা করিগী শিদ্রিবা ॥১১৯॥ শ্রীচৈতন্য-নিত্যানন্দ, শ্রীআচার্য্য অদ্বৈতচন্দ্র, স্বরূপ রূপ রঘুনাথদাস ; মথোয় পুম্নমক্কী চরণবু, কোক থোংনা খুরুম্বনা ইরন্নি, ইরন ওইবা প্রভুগী পোকপা লীলাবু কৃষ্ণ-দাসনা শকই ॥১২০॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা প্রভুগী পোকপা লীলাবু হায়বা ত্রয়োদশগুবা পরিচ্ছেদনি।

# চতুর্দ্দশ পরিচ্ছেদ

শ্রীহরিভক্তিবিলাসস্থ বিংশ বিলাসে ১ম শ্লোকঃ—

**কথঞ্চন স্মৃতে যস্মিন্দুষ্করং সুকরং ভবেৎ বিস্মৃতিশ্চ স্মৃতিং যাতি শ্রীচৈতন্যমমুং ভজে ॥১॥**

**বন্দে চৈতন্যকৃষ্ণস্য বাল্যলীলাং মনোহরাম্ লৌকিকীমপি তামিশচেষ্টয়া বলিতান্তরাম্ ॥২॥**

---

**অন্বয়ঃ** ।—যস্মিন্—মভোন্দা, কথঞ্চন— করিগুম্বদা, স্মৃতে— নিংশিংবদা, দুস্করং— তৌবা ঙমদববু সুকরং—লাইনা, ভবেৎ—ঙম্বা ওই, বিস্মৃতে – মাবু কাঙববদা, বীপবীতং — ওন্নবা, স্যাং— ওই তং— অদুগুম্বা, শ্রীচৈতন্যং—শ্রীচৈতন্যবু, নমামি—ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ** ।—লৌকিকীমপি—মীগী ওইহুনসু, ঈশ্বচেষ্টয়া — ঈশ্বর ওইবা মতৌনা, বলিতান্তরাং— **তিন্নবী**, চৈতন্যদেবস্য—শ্রীচৈতন্যদেবগী, তাং—অদুগুম্বী, মনোহরাং—পুক্নি হুববী, বাল্যলীলা —অঙা ওইরিঙৈগী লীলা শান্নববু, বন্দে—ঐনা খুরুমজে। ইতি ॥২॥

---

**অনুবাদঃ** ।—মভোন্দা করিগুম্বদা নিংশিংবদা তৌবা ঙমদববু লাইনা ঙম্বা ওই। মাবু কাওরবদা **ওন্নবা** ওই, অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যবু ঐনা খুরুম্মী। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে, শ্রীগৌর ভক্তিশিংবু খুরুমজে ॥১॥ অসুমনা প্রভুগী পোকপা লীলাবু **সুপ্না** হায়রবনি। শ্রীযশোদাগী মচানা অদুমনা শ্রী শচীগী মচা ওইররে। ২। পোকপা লীলাবু মথং নাইনা সুপনা হায়রবদা। হৌজিক অঙাংগী লীলাবু সুপ্না শিংথাজরগে ॥৩॥

**অনুবাদঃ**— মীগী ওইহুনসু ঈশ্বরগী মতৌনা তিন্নবা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোগী অদুগুম্বা পুক্নিং হুরবা অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নববু ঐনা খুরুমজে। ইতি ।২। প্রভুগী অঙাং ওইবা শান্নবগী অহৌবদা লোংনা চেপ্‌পী। মপা মমাদা ঈশ্বর ওইবা চরণগী খুদমবু উহল্লি ॥৪॥ শ্রীশচী মিশ্র অনিনা যুমদা অপিকপ খোঙ্গুন তাবদো উই। খোঙ্গুন্দা ফিবান্, বজ্র মোইবুং, চক্র ঙানচিংবনা নিংথিবা ॥৫॥ উবহু শচী মিশ্রনা পুক্নিংদা অঙকপা পোক্লকই। যুম তারিবা খোঙ্গুন্ কনাগীনো অরেপপা ফংদরে ॥৬ মিশ্রনা হায শ্রীবালগোপালনা শালগ্রামগা লো ননা লৈ। মানা মুত্তি ওইনা যুমদা মুংঙাইনা শা রম্নমানে থংলে ॥ ৭ ॥ মতমহুদা থল্লিঙৈদা নিম হৌদুনা কপলকলে। শচীনা তম্পাক্তা পমথৎ মাবু অমৃত ইল্লি। ৮ ॥ অমৃত ত্থল্লিঙৈদা মচা চরন্দা য়েংজে। অদুগুম্বা খুদমদো খোংদা উব মিশ্রবু কৌবকলে ।৯॥ ঙ্গরবদা মিশ্রগী পুক্নি মুঙাইবা ফাওরে। থুপনা লোম্না নালাম্বর চ বর্ত্তীবু কৌরুবে ॥১০॥ খুদম্ উবদা নীলাম্বরচ বর্ত্তীনা নোক্কুনা হায়। হান্না পোকপগী লগ্ন হে তুনা ঐনা ইহুনা থমখি। ॥১১॥ শ্রীকৃষ্ণগী ম পকপা খুদম কুস্থ নিথোই। অদুগুম্বা অয়াম্বা

তথাহি—সামুদ্রকে তৃতীয়ঃ শ্লোকঃ—

**পঞ্চসূক্ষ্মঃ পঞ্চদীর্ঘঃ সপ্তরক্তঃ ষড়ুন্নতঃ। ত্রিহ্রস্বঃ পৃথুগম্ভীরো দ্বাত্রিংশল্লক্ষণো মহান্ ॥৩॥**

**অন্বয়ঃ**।—মহান্—মহাপুরুষগী ( শ্রীকৃষ্ণগী ), দ্বাত্রিংশল্লক্ষণঃ— খুদম কুন্থ্‌ানিথোই অসিনি, পঞ্চ-দীর্ঘঃ—মডা শাংবা, পঞ্চসূক্ষ্মঃ মডা কুপ্পা, সপ্তরক্তঃ—তরেৎ ভাংবা, ষডুন্নতঃ— তরুক তোংবা, ত্রিহ্রস্ব-পৃথু গম্ভীরঃ—অহুম তেনবা, অহুম রাংবা, অহুম সুকপনি। ইতি ॥৩॥

কুন্থ্‌ানিথোইনা অডাং অসিগী মশাদা উবে ॥ ১২ ॥

**অনুবাদঃ**।— অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী মশাদা পকপা খুদম কুন্থ্‌ানিথোইনি মত্‌দি— নাতোন, মিৎমৈ, পাম্বোম, চাইকুং, খুউ, মডাসি শাংবা, উন, শম খুৎকী তাং, য়া, তু, মডাসি তেনবা; মিৎপান, খুয়া, থবাক, ভৌ, চিনবান, লৈযেং, খুজিন তাবৎ'সি ভাংবা : থবাক, লেং, খুজিন, নাতোন, খ্বাং, চিন, তরুকসি তোংবা। ঙক, খুবোম, লিঙ্গ অহুমসি তেনবা। খ্বাং, লাইবক, থবাক, অহুমসি রাংবা; খোই, স্বর, বুদ্ধি অহুমসি সুকপনি। ইতি ॥৩॥

শ্রীচরন্দা খুত্তা শ্রীনারায়ণগী খুদম্না তিল্লী। অডাং অসিনা অয়াম্বা জগৎ পুম্নমক লাল্লরগনি ॥ ১৩ ॥ অডাং অসিনা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মশক শন্তোক্‌কনি। মডোম্দগী শাগৈ অনিনা লানগনি ॥১৪॥ অয়ামবা ব্রাহ্মণশিংবু কৌহুনা য়ামনা হরাওহলববু তৌও। ভসি মুমিৎ কৈ নচাগী মমিং খোল্লসি ॥ ১৫ ॥ অয়াম্বা জগৎকী মানা য়োকপা পুব' তৌগনি। মরম অসিনা অডাংসিগী মমিং শ্রীবিশ্বম্ভর খোল্লে॥ ১৬॥ তাবদা শচী, মিশ্র অনিগী পুরিংদা হেনকৎনা মুং-ভাইরে। ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণী কৌহুনা মহা মহোদসব তৌরে॥ ১৭॥ মুমিং থরগী মতুংদা প্রভুগী যণ শাহুনা চংলে। মত্‌দা অয়াম্বা অডকপবু উহল্লকই ॥১৮॥ কপ্পগী মরৈনা পুম্নমক্তা হরিনামবু শোল-হল্লি। অয়াম্বী মুপীশিংনা হরি শোল্লি গৌরাঙ্গনা নোকই।১৯॥ মুমিং থরগী মতুংদা খোংনা চংলক্লে। অঙাংশিংগা লোয়ননা মথন্‌ মথা য়াম্না শাম্লে ॥২০॥

নোংমদি শচী দেবীনা কবোক, সন্দেশ পুরক্তুনা। কটোরা থল্লা পীতুনা ফমদনা চাও হায়বম্মী ॥২১॥ অসি হায়রগা মমগী থবক নোম্নবগীদমক্তা চংখ্রে। লোৎতুনা অডাংনা লৈবাক চাবা হৌবকপদা ॥২২॥ উত্তুনা শচীনা মাংলে মাংলে, চেনশিল্লক্লে। লৈবাক মুন্দুনা লৌবগা হায় করিগী লৈবাক চাবনো ॥২৩॥ কপ্পুনা, অডাংনা হায় করিগীদগক শাওরিবনো। ইমানা লৈবাক চাও, পীবগা ঐগী করি দোষ লৈ ॥২৪॥অয়াম্বা কবোক, শন্দেস, চাক লৈবাক্তা ওই-বনি। কবোকসু লৈবাক্তি, লৈবাকসু লৈবাকনি থনবদা করিসু তোপ্তু ॥২৫॥ হকচাংসু লৈবাকনি চিন্তাকসু লৈবাকনি থন্দুনা য়েংউ। থন্দি থন্দনা দোষ পীবদা করিসু হায়বা ভমদে ॥২৬॥ থমোইদা শচীনা ভক্তুনা মচাদা হায়। লৈবাক চাবদা খুম-মীবা অচেৎপা য়াহৈদো কনানা নংভোন্দা তম্বী-বগে।২৭॥ লৈবাক্তা ওইবা চাক চারগা হকচাং নোই, হিংভি। লৈবাক চারগা লোক থুংই হকচাং মাউই ॥ ২৮ ॥ লৈবাক্তা শাবা চফুদা ঈশিং থল্লা পুরী। লৈতুমদা ঈশিং হাপ্পদা ঈশিং কং-শিল্লি ॥২৯॥ হায়রবদা প্রভুনা মশা লোৎনবগী-দমক্তা শচীদা হায়। ইমা মদো অহানবদা ঐভোন্দা করিগী তম্বীদে ॥৩০॥ হৌজিক্তি থংলে অমুক হন্না লৈবাক চাররোই। ইমা খৌরাংলক্লবদা নংগী অমৃতবু থকে ॥৩১॥ অসি হায়রতুনা শচীগী তম্পাক্তা কাখৎতুনা। প্রভুনা মোমোন নোক্তুনা অমৃতবু থক্লে মতৌ অসুম্না অয়াম্বা মরৈনা তৌবা ভম্বু উহল্লি

মতুংদা অঙাংগী পুকচেল ফোংতোক্তুনা লোংশিল্লি ॥৩৩॥ শ্রীসুকৃতি অতিথি ব্রাহ্মণগী চাক অহুমলক লাক্তুনা চায়। অতুগী তুংদা থুপনা ব্রাহ্মণদা মশক তাক্তুনা লানবি ॥৩৪॥ যুমগী মপান্দা ফংলতুনা প্রভুবু হুবানবনা পুতুনা চংথবে। হুবানবগী লেং-বান্দা তোংতুনা চংলুরগা শুদ্ধংতুনা শচীগী মযুমদা হুরানবা থুংথি ॥৩৫॥ প্রভুনা নাশিন্নতুনা জগদীশ, হিরন্যগী ময়ুমদা থম্বা। শ্রীকৃষ্ণগী অচা-অথকপু একাদশী মুমিত্তা প্রভুনা চাথি ॥ ৩৬ ॥ অয়ামবা অঙাংশিং লোযনহনা অতোপ্পশিংগী মযুমদা। হুতুনা পোং 'চায়, অঙাশিংবু ফুতুনা কপহল্লি ॥ ৩৭ ॥ অঙাংশিংনা শচীদা অকায়বদো তাকলরে। তাবদা শচীনা মচাদা খজিক্তং ৱারকই ॥ ৩৮ ॥ কবিগী হুরাল্লি কবিগী মীগী মচাবু ফুরিবা। কবিগী অতোপপগী যুমদা চৎপা, কবিনো যুম লৈতবরা ॥ ৩৯ ॥ তাবদা প্রভুনা শাওতুনা ইমুংদা চংতনা অয়াম্বা বুমদা লৈবা চফু লংখাই থুগাইরে ॥ ৪০॥ মতমতুদা শচীনা কোনতুনা থেমজগলি। মশাগী মরাল থংবদগী প্রভুনা ইকাইতুনা ॥৪১॥ কবিগুম্বদা নৌরবা থুংনা মমা শচীদা ফুই। ৱাম্বশন্নবা শচীদা য়েংলগা প্রভুনা কপই ॥ ৪২ ॥ মুপীশিংনা হায় নিমাই যুবী পুরক্তুনা পীযু। মতমতুদা নংগী নমাসি তপথরক্কনি ফগনি ॥ ৪৩। মপান্দা চেন-থরগা প্রভুনা যুবী অনি পুকক্লে, পীররে। ওই-থোক্তবত্ত উবদা ময়ামনা ঙকলে যুবী ফংবদা শচী ফরে ॥৪৪॥ কবিগুম্বদা মমাম্নবগা লোযননা গঙ্গাদা ইরুজৈ। মতুদা মুপীমচাশিংনা লাক্তুনা ঈশ্বর পূজা-গীদমক্তা ॥ ৪৫ ॥ গঙ্গাদা ইরুরগা ঈশ্বরগী পূজা হৌরকপদা মুপী মচাশিংগী মরক্তা লাক্তুনা প্রভুনা কমলৈ ॥৪৬॥ মুপী মচাশিংদা হায় ঐবু পূজা তৌ ঐনা বর পীগনি। গঙ্গা দুর্গা মীনাই-মুবীনি, মহাদেবলো ঐগী ইনাইনি ॥ ৪৭ ॥ হায়রগা প্রভুনা মশাদা লৈ পরেং শিজিল্লি চন্দন তৈশিল্লি। অচা-অথক, লফোই, চেংনচিংবা শন্দেস মুন্দুনা চায় ॥৪৮॥ মুপীমচাশিংনা শাওতুনা হায় হে নিমাঞি। লৈমিন্নবগী মরিনা নংসে ঐথোয় পুন্নমককী ইবুংনি ॥৪৯॥ ঐথোয়গী মবিদা লাকনবদা মতিক চাদে। অকাযবা তৌগনু ঈশ্বরগী লাংলবা পোং মুনগনু ॥ ৫০ ॥ প্রভুনা হায নখোযদা বর অসি পীরবনি। যামনা ফজববু নখোয়গী নপুবোইবা ওইজৌ ॥৫১॥ অথংবা, হৈশিংবা. নহা, লনথুম ৱাত্তবা ইনাক খুনবা। পুকফবা পূনসিবা নচা তরেৎ তবেৎ-কী পোকপী মমা ওইজৌ ॥৫২॥ বর তাবদা মুপী মচাশিংগী থমোইদা মুংঙাইরগা। মপান্দা শাও-শিন্নতুনা প্রভুবু চৈরকই ॥ ৫৩ ॥ কনাগুম্বী নুপা মচানা অচা-অথক পুতুনা চেনথিবা। মাবু কৌতুনা প্রভুনা শাওতুনা হায়বকই ॥৫৪॥ মতমসিদা অরিক-পী ওইতুনা ঐঙোন্দা অচা অথক পীদবা। নখোয়না হনুববগী ১দি মরিগী মথাদা অতোনবী ওইয়ু ॥৫৫ মসি তাবদা মখোয়শিংগী পুক্লিংদো কিরে। ১দি কনাগুম্বা ইষ্টদেবনা চংতুনা মঙোন্দা লৈরে থংলে ॥৫৬॥ মখোযনা নৈবেদ্য পুরক্তুনা শ্রীগৌরাঙ্গগী মাংদা পীররে। অহাও- অথুমতু চারগা মখোয়দ প্রভুনা অপাম্বা থুংঙ বর পীরে ॥৫৭॥ মতৌ অম্মুক্তা তযাং তশোইববু পুন্নমক্তা উহল্লি। কনানা পুক্লিংদ ৱাদে পুন্নমক্না মুংঙাইরি ॥৫৮॥ নোংমদি বল্লভাচার্য্য-গী মচানুপী শ্রীলক্ষ্মীপ্রিয়া কৌবীনা। ঈশ্বর পূজাগী দমক্তা গঙ্গাদা ইরুজবা লাকই ॥৫৯॥ মতু উবদ প্রভুগী পুক্লিংনা মাবু পাম্মরে। প্রভুবু উজবদ লক্ষ্মীগী পুক্লিংদা মুংশিজৈ, পেনজৈ ॥৬০ ॥ ২মক্ত মহৌশাগী মুংশিনবনা থোক্তুনা অমত্তা ওইথরে অঙাং ওইবগী পুকচেল্লা কুপতুনমু অরেপ্পা ওটন থংনৈ ॥৬১॥ অনিনা উনবদা অনিগী থমোইদা মুং ঙাইনৈ। ঈশ্বরগী পূজাদা পাওখোংতুনা অনিমক

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কং ২০ অং ১৯ শ্লোঃ।

**সঙ্কল্পো বিদিতঃ সাধ্ব্যো ভবতীনাং মদর্চ্চনম্ ময়ানুমোদিতঃ সোঽসৌ সত্যো ভবিতুমর্হতি ॥৪॥**

**অন্বয়ঃ** ।—সাধ্ব্যঃ— হে সতীশা, ভবতীনাং— নখোযগী, মদর্চ্চনং— ঐগীদমক পূজা তৌবা, সঙ্কল্প—চংথোন্না নিংবা, ময়া—ঐ মক্তনা, বিদিতঃ—খংলে, অনুমোদিতঃ—য়াববা, সঃঅসৌ—অতুগুম্বা সঙ্কল্পনা, সত্যঃ ভবিতুং—লেপনা ওইনবগীদমক্, অর্হতি—মতিক ওই। ইতি ॥৪॥

লৈবা প্রেম্ব্ ফোংতোকই ॥ ৬২ ॥ প্রভুনা হায় ঐবু পূজা তৌ ঐনা অথোইবা ঈশ্বরনি। ঐবু পূজা তৌবদা অপাম্বা বব ফংগনি ॥ ৬৩ ॥ শ্রীলক্ষ্মীনা প্রভুগী শ্রীঅঙ্গদা লৈ-চন্দন থোল্লে আম্বা কত্তুনা। প্রভুগী ওক্তা মালীকাগী পাবং শুক্তুনা শ্রীচরন্দা খুকমজে ॥৬৪॥ মাগী পূজা ফংলবন, প্রভুনা হবাওনা নোকই। প্রভুনা শ্লোক থিত্নুা শ্রীলক্ষ্মীগী আম্বা লৌবিবে ॥৬৫॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীকৃষ্ণনা হে সতীশা! নখোযগী ঐগীদমক্তা কাত্যায়নী পূজা তৌবা চংথোন্না নিংবা ঐমক্তনা খংলে, অতুগুম্বা য়াববা সঙ্কল্পনা লেপনা ওইননবগীদমক মতিক ওই। ইতি ॥৪॥

মতৌ অম্মুমনা শান্নরগা অনিনা মযুম মযুমদা চৎনথবে। থুপলবা চৈতন্যগী লীলাবু কনানা খংবা ঙম্নগবা ঙমলোই ॥৬৬॥ শ্রীচৈতন্যগী তয়াং তশোইবা উবদা মুংশিবা অয়াম্বা মীশিংনা। শচী, জগন্নাথদা হায়ত্নুা মচাবু রারকহল্লি, য়েংঙি ॥ ৬৭ ॥ নোংমদি শচীনা মচাদ্দা ওক্তে চৈবদা। মচানা চেন্দুনা চৎথবে, শচীনা ফাগে তাল্লকই ॥৬৮॥ লুথাক কোমদা তারবা অমুবা চযুগী মথক্তা। ফমত্নুা মুংঙাইনা প্রভু শ্রীবিশ্বম্ভরনা লৈথোকথরে ॥ ৬৯ ॥ শচীনা লাক্তুনা হায়— অমাংবা চফুবু করিগী শোকই। অমাংবা, শেংদবা ওইরে, চৎসি লাও গঙ্গাদা ইরুজরুসি ॥৭০॥ মসি তাবদা মমা শচীদা মশক অমতনি মাংবা লৈতে হায়রকই। অঙকপা ওইত্নুা মমা শচীনা ইরুবিরে ॥৭১॥ করিগুম্বদা শচীনা মমা মচা লোয়ননা তুমলিঙৈদা। শচীগী যুমদা লাক্তুনা লাইনা থন্না লৈবা উরে ॥৭২॥ মতুদা শচীনা মচাদ্দা হায়, নপাবু কৌরু চৎলু। মমাগী য়াথং ফংত্নুা প্রভুনা মপান্দা চথোকথবে ॥৭৩॥ মচানা চৎপদা নুপুবগী ঝন, ঝন লাওবা খোঞ্জেল তাই। তাবদা শচী মিশ্রগী পুকনিংনা ঙকথরে ॥ ৭৪ ॥ মিশ্রনা হায় মসি য়াম্না ঙকপা রানি। ইচাগী মথোংদা নুপুর শিদে কদাইদগী নুপুর খোঞ্জেন্নো ॥ ৭৫ ॥ শচীনা হায় অমদি অঙকপা অমসু উরি। লূর লুরবা মীয়াম লাক্তুনা মাঙ্গোল থল্লি ॥ ৭৬ ॥ নিনখোংই কবিনো খংবা ঙমদরে। অমদি কনাবু হায়জবনো হাযনা ঐনা থল্লি ॥৭৭॥ মিশ্রনা হায় থিত্তা ওইসনু করিসু রারুবনো। বিশ্বম্ভরগী মঙ্গল ওইসনু মসিমত্তং থল্লি ॥৭৮॥ নোংমদি মিশ্রনা মচাগী তয়াং তশোয়বা উবদা। মচাদা য়ামনা চৈরপা তাকপী ॥৭৯॥ অহিংদা মংদা ব্রাহ্মণ অমা লাক্তুনা লৈবা উই। মিশ্রদা থজিক্তং শাওবা রাহৈনা হায়রকই ॥৮০॥ মিশ্র! নং নচাগী অরেপ্পা মশক থংজ্রে! নচানি নিংত্নুা য়ৈরি, চৈরি, নংনা রারকই ॥ ৮১ ॥ মিশ্রনা হায়—লাই সিদ্ধ মুনি করিগী ওইরোই। অতুগুম্বা অচোবদো ওইসনু ঐগীদি ইচানি ॥৮২॥ মচাগী শিংনবা তাকপা, য়োকপা মপাগী অরেপ্পা ধর্ম্মনি। ইচাবু ঐনা তম্বীত্রবদা করম্না ধর্ম্মগী অচেৎপা থংগবা ॥ ৮৩ ॥ ব্রাহ্মণনা হায় মতমসিদা নচাসি অথোইবা ঈশ্বরনি। মতোমতনা পাংবনি, থংবনি মতমত্নুদা তাকপদো অরেম্বনি ॥৮৪॥ মিশ্রনা

হায় ইচানা নারায়ণ কবি ওইরোই। ওইসনু মচাগী তম্বীবা মপাগী অবেপ্পা ধর্ম্মনি ।।৮৫।। মতৌ অসুমনা অনিনা ধর্ম্মগী অবেপ্পা থংনৈ অতুবু। মিশ্রনা মচানি শেংনা মুংশিবনা অতোপপা অমা থংদে ।।৮৬।। মতুবু তাবদা ব্রাহ্মণা মুংভাইনা হন্দুনা চংখ্রে। মিরুপ থোকপদা মিশ্রনা য়ামনা ঙকখবে ।।৮৭।। মিশ্রনা মরুপ মপাংশিংদা মংগী মবোন তমই। তাবদা অয়াম্বা মীশিংনা অঙকপা ওইখবে ।।৮৮।। মতৌ অসুমনা অভাংগী শান্নববু ওইদুনা গৌরচন্দ্রনা। লৈরবদা নোংমা নোংমগী মমা মপাগী মুংভাইবা চাওখংলি।। ৮৯ ।। মুমিৎ থরগী মতুংদা মিশ্রনা মচাগী চহি মঙাদা খুত্তা খোড়জৈ পায়-হন্দুনা লাইরিক তম্বা হৌবে। মুমিৎ কুইদনা ময়েককী চৈতপ তবানিথোই তম্বা লোইরে ।। ৯০ ।। পোকপদগী চহি মঙাগী শান্নববু মুপনা মথং নাইনা হায়জরে। শ্রীবৃন্দাবনদাসনা চৈতনা ভাগবত্তা শনতোকখরে ।।৯১।। মবম অদুনা অঙাংগী শান্ন-বসি মুপনা য়মদনা লেংজবি। হঞ্জনগনি হায়দুনা শন্তোকনা হায়দরে ।।৯২।। শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুৎকজদুনা। শ্রীচৈতনা চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়ই ।।৯২।।

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা প্রভুগী পোকপদগী চহি মঙাগী শান্নবা লীলাবু হায়বা তরামবিশুবা পরিচ্ছেদনি।

# পঞ্চদশ পরিচ্ছেদ

**কুমনাঃ সুমনসত্বং হি যাতি যস্য পদাব্জয়োঃ। সুমনোঽর্পণমাত্রেণ তং চৈতন্যপ্রভুং ভজে ।।১**
**পৌগণ্ডলীলা চৈতন্যকৃষ্ণস্যাতিসুবিস্তৃতা। বিদ্যারম্ভমুখা পাণিগ্রহণান্তা মনোহরা ।।২**

**অন্বয়ঃ** —যস্য—মাগী, পাদব্জয়োঃ—চরণ থম্বান্দা, সুমনোঽর্পন্ মাত্রেন্— নিংথিবা লৈ কৎপতনা, **কুমনাঃ**—পুক ফত্তবা মীনা, সুমনস্তং—পুকচেল ফববু, হি—লেপনা, যাতি—ফংই তং—অদুগুম্বা, চৈতন্য-**প্রভুং**—শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু, ভজে—ঐনা নিংজৈ। ইতি ।।১।।

**অন্বয়ঃ** —বিদ্যারম্ভ মুখাৎ—চহি মঙাদা লাইরিক তম্বদগী হৌবা, পাণিগ্রহনান্তা—মুহোংবনা লোম্বা, **চৈতন্যকৃষ্ণস্য**—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী, মনোহরা—মাপুকহুবা, পৌগণ্ড—নিপামচাগী শান্নবনা, অতিসুবিস্তৃতা—য়ামনা পাকই। ইতি ।।২।।

**অনুবাদঃ**—মাগী চরণ থম্বান্দা নিংথিবা লৈ কৎপতনা, পুক ফত্তবা মীনা পুকচেন ফববু লেপনা ফংই। অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্য ইবুংঙোবু ঐনা নিংজৈ। ইতি। ।।১।।

শ্রীচৈতন্যবু হন্না খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈত চন্দ্রবু খুরুমজৈ গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ ।।১।। চহি মঙাদগী তরা ফাওবা নিপামচাগী শান্নববু মুপনা শিংথারি। প্রভুনা নিপামচাগী মীওইদা

তথাহি—উদ্বাহতত্ত্বে ৭ম অঙ্ক

**ন গৃহং গৃহমিত্যাহুর্গৃহিণী গৃহমুচ্যতে। তয়া হি সহিতঃ সর্ব্বান্ পুরুষার্থান্ সমশ্নুতে ॥৩**

**অন্বয়ঃ**।—গৃহং—য়ুম্, নগৃহং—য়ুম নত্তে, ইতি—অসুম্না, আহুঃ—অথংবনা হায়রি, গৃহিণী—মুপীনা, গৃহং—নিপাগী য়ুমনি, উচ্যতে—হায়বি, তয়া—নিপাগা, সহিতঃ—নিপাগা লোয়নত্থুনা, সর্ব্বান্—অয়াম্বা, পুরুষার্থান্—জীবগী কান্নবমথৈবু, সমাশ্নুতে—ভানশিন্দুনা ফংই। ইতি ।।৩।।

লাইরিক তম্বনা ঌকনি ।। ২।।

**অনুবাদঃ**— শ্রীমহাপ্রভুগী চহি মঙা শুবা দগী লাইবিক তম্বা হৌবকপদগী লুহোংবনা লোম্বা পুন্নিং হুববা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী নিপামচাগী শান্নববু হায়বা ঙমলোই যামনা পাকহ ইতি।২।। শ্রীগঙ্গাদাস পণ্ডিতগী মফমদা প্রভুনা ব্যাকরণ তম্মী। হেক তাকপদা সূত্র বৃত্তিশিংনা প্রভুগী চিন্দা লৈ ।। ৩ ।। কুইদবা মতমদা পঞ্জীটীকাদা য়ামনা থংবা ওইরে। কুইনা তমলবা পঢ়ুয়াশিংদো প্রভুনা ঙমজে, অনৌবদি ওইবগা।। ৪ ।। প্রভুগী লাইরিক তম্বগী লীলাবু শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শ্রীচৈতন্য ভাগবত্তা পাক্না লেংথরে।৫।। নোংমদি প্রভুনা মমাগী চরন্দা খুকমলগা। প্রভুনা হায় ইমা ঐঙোন্দা দান অমতা পীবিয়ু ।। ৬ ।। মম্মানা হায় নংনা নিবদো মত্থু পীগে। প্রভুনা হায় ইমা একাদশী মুমিত্তা চাক চাগনুসি।।৭। শচীনা হায় ফনিবু হায়রবদি ইমা চাররোইকো। মসিদগী হৌত্থুনা শচী একাদশী বর্ত্ত তৌথরে।। ৮ ।। মতম অত্থুদা মিশ্রনা বিশ্বরূপকী পাথং ফাবা উবদা। পুন্নিংদা লুহোংবিরগে নিংত্থুনা মমৌ কোয়না য়েংঙকলে।।৯।। তারবদা শ্রীবিশ্বরূপনা য়ুম হুনতোক্তুনা চেনখরে। সন্ন্যাস তৌথরে তীর্থ ফংনবগীদমক চৎলকলে।।১০।। তাবদা মিশ্রনা য়াম্না পুকনিং ন্নাথরে। মতমদুদা প্রভুনা শচী, মিশ্র ২বু অনান্না থায়জনাথি।। ১১।। ফরেদা দাদা বিশ্বরূপ সন্ন্যাস তৌথিবা। ইমাগী ইপাগী শাগৈ অনিবু সংসারদগী লাল্লগনি ।।১২।। ঐনা গৃহস্থ ওইত্থুনা ইমা ইপাগী সেবা তৌগনি। তারবদা মমা মপাগী পুকনিংদা যাম্না নুংঙাইখবে।।১৩।। অত্থুদগী নোংমদি প্রসাদি পানা চাবদগী প্রভু ন্নাম্থরে। পৃথিবীদা জ্ঞান মাংত্থুনা প্রভুনা তাখবে ।।১৪।। তকুপ তবাংনা কোনখৎলগা শচী, মিশ্রনা চিন্দা ঈশিং ইল্লি। হন্নরত্থুনা প্রভুনা ওস্তাকপা ন্না অমা হায়রকই ।।১৫।। মফম আসদগী ঐবু দাদা বিশ্বরূপনা পুরমই। ঐঙোন্দা নং সন্ন্যাস তৌরো হায়বম্মী ।।১৬।। ঐনা হায় ঐগী ইমা ইপাগী কনাসু লৈররোই। অঙাং ঐনা সন্ন্যাসগী ন্নাবু করম্না থংগনি ।।১৭।। য়ুম পানত্থুনা থুনা ইমা ইপাগী সেবা তৌগনি। মত্থুনা ঐবু শ্রীলক্ষ্মী নারায়ন্না পেনবিগনি ।।১৮।। হায়বা মতম অত্থুদা বিশ্বরূপনা ঐবু য়য়দা চঙলো থাররকপনি ।। ইমাদা কোটি কোটি নচানা খুরুমজে হায়য়ু ।।১৯।। অসি হায়রগা প্রভুনা শ্রীশচীদা হন্না ২ খুরুম্মী, অসিগুম্বা ন্নয়াম্না লীলা অসিবু গৌরহরিনা শাম্লে। শান্নবিবসি করিগীনো কনা অমতনা থংবা ঙমদে ।।২০। মুমিৎ খরা লৈবগা মিশ্র পরলোক ওইথরে, থুপখরে। মমা মচা অনিগী থমোইদা মুংনাংবা হেনগৎখরে।।২১। মরুপ মপাং লাকত্থুনা আসদা থেমজিল্লি। প্রভুনা তৌগদবদা মপাগী সংস্কার শ্রাদ্ধনচিংবা তৌথি ।।২২।। মুমিৎ কুয়ানিমরুম লৈরগা প্রভুনা থমোইদা ন্নাথল তৌই। য়ুমগী মপু ওইরগে হৌজিক য়ুমুগী থবক তৌরগে ।। ২৩।। নিপাগী মুপী নত্তনা য়ুমলিংবগী

থবক্তা ফররোই। অসি থন্দুনা লুহোংলগে হায়-
তুনা পুক্লিংদা লেপথরে ॥২৪॥

**অনুবাদঃ**।—যুম্বু যুম নত্তে অস্তুমনা পণ্ডিত-
শিংনা হায়বি। মুপীনা নিপাগী যুমনি হায়রি।
নিপাগা মুপীগা লোয়নতুনা অযাম্বা জীবগী কান্নবা
মথৈ তানমিন্নতুনা ফংডি। ইতি ॥৩॥

নোংদমনা নোংমদি প্রভুনা লাইবিক তমলুবদগী
হুল্লকপদা। গঙ্গাগী শম্বীদা বল্লভাচার্য্যগী মচানুপীগা
উনবে ॥২৫॥ অপাম্বা মহৌশাগী অনিগী মুংশি-
নবদো থোকলক্লে। নোংদমদগী প্রভুগী যাথংনা
শ্রীবনমালীনা শচীদা লাকতুনা লুহোংনবা পাং-
থোকই ॥২৬॥ শচীগী য়াথংদগী বনমালীনা বল্লবা-
চার্য্যগা লুহোংনবগী মরিদা পাংথোকই। শ্রীশচীগী
মচানা চহি তরানিপান্দা শ্রীলক্ষ্মীবু লুহোংতুনা
যুমগী থবক পুখি ॥২৭॥ মসিবু বৃন্দাবনদাসনা
চৈতন্য ভাগবত্তা শন্তোকনা লেংখবে। অসিগুম্বা
নিপামচাগী শান্নববু স্নপনা সূত্র ওইনা ফোংজরি
॥২৮॥ নিপামচা ওইবগী মশান্নবা মখন য়ামথরে।
শ্রীবৃন্দাবনদাসনা চৈতন্য ভগবত্তা লেংথোকথরে
॥২৯॥ মবম অতুনা চবিতামৃতদা মাইকৈদা মউৎ-
চরে। শ্রীচৈতন্য ভাগবত্তি অয়াম্বা জগত্তা ফাও-
রবনি ॥৩০॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চবন্দা ঐনা খুকুম-
জতুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ
॥৩১॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা প্রভুনা নিপামচা ওইরকপদা শান্নববু স্নপনা হায়বা
তরামডাগুবা পরিচ্ছেদনি।

# ষড়শ পরিচ্ছেদ

**কৃপাসুধা-সরিদ্ যস্য বিশ্বমাপ্লাবয়ন্ত্যপি। নীচগৈব সদা ভাতি তং চৈতন্যপ্রভুং ভজে ॥১॥**

**অন্বয়ঃ।**—যস্য—শ্রীচৈতন্যগী, কৃপাসুধাসরিৎ—কৃপা অমৃত তুরেল্লা, বিশ্বং—জগৎ পুম্নমকপু, অপ্লা-বয়ন্তী—চংখোল্লা পাথবী, অপী—ওইতুনসু, সদা—মতম পুম্নমক্তা, নীগাএব—তুরেল্লা অনেম্বদা পাথবগুমনা অতোনববু থৌজানবীবা ওইনা, ভাতি—ডাল্লি, তং—অতুগুম্বা, চৈতন্যপ্রভুং—শ্রীচৈতন্যপ্রভুবু, ভজে—ঐনা নিংজৈ। ইতি ॥১॥

**অনুবাদ**:— শ্রীচৈতন্যগী থৌজানগী অমৃত তুরেল্লা জগৎ পুম্নমকপু চংখোল্লা পাথবী ওইতুনসু মতম পুম্নমক্তা তুরেল্লা অনেম্বদা পাথবগুমনা অতোনববু থৌজানবীবা ওইনা ডাল্লি। অতুগুম্বা শ্রীচৈতন্য প্রভুবু ঐনা নিংজৈ। ইতি ॥১॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥

**জীয়াৎ কৈশোরচৈতন্যো মূর্ত্তিমত্যাগৃহাশ্রমাৎ। লক্ষ্ম্যার্চ্চিতোঽথ বাগ্‌দেব্যা দিশাং জয়িজয়চ্ছলাৎ ॥২॥**

**অন্বয়ঃ** ।— গৃহাশ্রমাৎ— যুমলিংলগা, মূর্ত্তিমত্যা —মশক পান্থোকলবী, লক্ষ্মীঃ— শ্রীলক্ষ্মীনা, অর্চ্চিতং—সেবা তৌববা, অথ—অত্থুগী তুংদা, দিশাংজয়িজয়চ্ছলাৎ—দিগবিজয়বু ভম্বা পাওথোংনা, বাগ্‌-দেব্যা—সরস্বতীনা সেবা তৌবা, কৈশোরচৈতন্যঃ—পাথংমচা চৈতন্যনা, জীয়াৎ—জয় ওইসনু। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**— শ্রীগৌরাঙ্গনা যুম সিংলগা মশক পান্দুনা থোক্লবী নিংথিববী শ্রীবিষ্ণুপ্রিয়ানা সেবা তৌববা। অত্থুগী তুংদা দিগবিজযবু ভম্বা পাওথোং-না সরস্বতীনা সেবা তৌবা পাথংমচা ওইবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা জয় ওইসনু। ইতি ॥২॥

অসিংথ্বা শ্রীগৌরাঙ্গনা পাথংমচাগী শান্নবু সুত্রগী তু ইন্না লেংই। শ্রীগৌরবু শিষ্যশিংনা ওঝা বরিবে অত্থুদগী তম্বীবা হৌবে ॥১॥ শিষ্য চামা চামা লোয-ননা তত্তুনা লাইবিক তম্বীবি। প্রভুগী অর্থ তাবদা অযাম্বা মীশিংগী পুক্নিং ভকথবে ॥৩॥ অযাম্বা লাই-রিক্তা অয়াম্বা পণ্ডিতশিংবু মাইথিবা ফংহল্লি। অত্থুবু নোল্লুকপা মরৈ তৌত্থুনা কনামত্তসু য়াহন্দে ॥ ৪ ॥ শিষ্যশিংগা লোয়নত্থুনা অয়াম্বা মবমশিংদা তয়াং তশোযববু তৌই। য়ামনা হবাওত্থুনা গঙ্গাদা ইরোইত্থুনা ঈশিংদা শান্নৈ ॥৫॥ সুমিৎ থবগী মতুংদা প্রভুনা বঙ্গ দেশদা চৎলি। মত্থুদা চংপা মফমশিংদা হবিনাম সঙ্কীর্ত্তনবু লৌহল্লি ॥ ৬ ॥ প্রভুগী মহৈগী মতিক উবদা পুকনিংদা ভকই। পডুয়া চামা চামা লাক্কুনা লাইরিক তমলরে ॥৭॥ বঙ্গদেশদা তপন-মিশ্র কৌবা ব্রাহ্মণ অমা লৈ। মানা ফংগদবা মশক, ফংনবা থৌরাং নাম মন্ত্রদা লেপ্পা ভমদ্রে ॥৮॥ অয়াম্বা লাইরিক্তা য়াহৈ যাম্বনা পুক্নিংদা ভকলে। ফংগদবা ফংননবা অথোইবা মশক লেপপা ভমদ্রে ॥ ৯ ॥ মাগী মমংদা ব্রাহ্মণ অমনা হায়, তাও হে তপনমিশ্র! শ্রীনিমাই পণ্ডিতকী মকমদা চংতুনা চংজরু ॥১০॥ মানা নংগী ফংগদবা ফংননবা অবেপ্পা তাকপীরক্কনি। চিংনগন্থু মানা সংসংবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণনি ॥১১॥ মংদা উবদগী মিশ্রনা নোংভানবদা লাক্কুনা প্রভুগী চরন্দা খুরুমত্থুনা মংগী মরোনসু, পামজবা পুন্নমক্তু প্রভুদা হায়জববে ॥১২॥ প্রভু-না পেনবীত্থুনা ফংগদবা ফংননবা হায়বিরে। নাম সঙ্কীর্ত্তন তৌ, হায়না মডোন্দা তাকপীরে ॥১৩॥ মত্থুদি—দীক্ষা মন্ত্র গাযত্রী হরিবামবু শ্রীকৃষ্ণনা পেন-বিনবা থরাই য়াওনা শোঞ্জববু সঙ্কীর্ত্তন কৌই ফং-ননবা সাধন ভক্তিনি। অমদি শ্রীবৃন্দাবনন্দা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী পেনবিনবা থোগনবা কুঞ্জ সেবাবু ফংগদবা সাধ্যবস্তু কৌই, তাকপিরে। পামজত্থুনা তপন-মিশ্রনা প্রভুগা লোয়ননা নবদ্বীপতা লৈজগে প্রভুদা হায়জৈ। প্রভুনা য়াথং পীরে, নং চৎতুনা বারানসিদা লৈরুরো ॥১৪॥ মত্থুদা ঐগা লোয়নত্থুনা নংগা উনবা ওইগনি। প্রভুগী য়াথং ফংত্থুনা মিশ্রনা কাশীদা চত্তুনা লৈথি ॥১৫॥ প্রভুগী অমকপা লৈতবা লীলাবু কনানা থংবা ভমদে। প্রভুগী থোগনবু থাদোক্কুনা কাশীপুরীদা থাত্থুনা করিগী লৈহল্লিবগে ॥১৬॥ মতৌ অসুমনা বঙ্গদেশী পুন্নমকপু ফহল্লি বৈষ্ণব ওইহল্লি। লাইবিক্তা পণ্ডিত ওইহল্লি শ্রীকৃষ্ণমন্ত্র, গায়ত্রী, হরিনামনা, বৈষ্ণব ওইহল্লি ॥১৭॥ মতৌ অসুমনা অযাম্বা লীলাবু প্রভুনা বঙ্গদেশদা থা অনি শান্নৈ। অসোমদা নবদ্বীপ্তা শ্রীলক্ষ্মীপ্রিয়ানা কায়নবদা য়ারে থা অনি চাদরে তুমদ্রে ॥ ১৮ ॥ প্রভু কায়নবগী লিল্‌না শ্রীলক্ষ্মীপ্রিয়াদা চিকলে। কায়নবা লিল্‌গী হূনা শ্রীলক্ষ্মীগী সিদ্ধি ফংলে ॥১৯॥ অন্তর্যামী ওই-বনা প্রভুনা থমোইদা লোয়না থংলে। প্রভুনা শচীগী অরাবা থংত্থুনা নবদ্বীপ্তা লেংলকলে ॥ ২০ ॥

তথাহি — দিগ্বিজয়ীবাক্যম্।

মহত্ত্বং গঙ্গায়াঃ সততমিদমাভাতি নিতরাং যদেষা শ্রীবিষ্ণোশ্চরণকমলোৎপত্তিসুভগা।
দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীরিব সুরনরৈরর্চ্চ্যচরণা ভবানীভর্ত্তুর্যা শিরসি বিভবত্যদ্ভুতগুণা ॥৩॥

**অন্বয়ঃ** ।—গঙ্গায়াঃ— গঙ্গাগী, ইদং — অসিগুম্বা, মহত্ত্বং— মতিকনা, সততং— অতৎপা লৈতনা, নিতরাং—খোইদোকনা, আভাতি—ডাল্লি, যৎ—মবম অত্তদগী,, এষা—অসিগুম্বী গঙ্গা অসি, শ্রীবিষ্ণোঃ শ্রীবিষ্ণুগী, চরণ কমলোৎপত্তিসুভগা—চবণ খম্বান্দগী পোকপী লাইবক ফবী, দ্বিতীয় শ্রীলক্ষ্মীবিব—অনি-শুবী লক্ষ্মীগুম্বী, সুবনবৈঃ—লাই মী খিবিক্লা, অর্চ্চ্যচবণা — মাগী চবণদ্ ঈরাংলবী, যা—মানা ভবানী-ভর্ত্তুঃ—ভবানীগী মপুবোইবগী, শিবসি—কোক্তা, বিভবতি—পুত্থনা ডাল্লিবী, অদ্ভুতগুনা—অঙকপা গুন্না তিল্লবিনি। ইতি ॥৩॥

মুমদা থুংলবে প্রভুনা অযাম্বা লনবু মনাইশিং লোয়ননা শচীদা কংলে। অবেপ্পা তাক্কুনা শচীগী অর্য়াবা কোকহল্লি, প্রভুনা শ্রাদ্ধনচিংবা লোইখ্রে ॥২১॥ শিষ্যশিংনা পুত্থনা অমুক হন্না বিদ্যাগী শান্ন বর্বু তৌই। লাইবিক হৈবা প্রভুগী পাঙ্গল্না পুম্নমক শমত্থনা খৌনা ফববু ফোংতোকই ॥২২॥ প্রভুনা চহি কুর্নি শুবদা শ্রীসনাতনমিশ্রগী মচানুপী শ্রীবিষ্ণু-প্রিয়াগা লোয়ননা লুহোংই। অঙ্গুগী মতুংদা প্রভুনা দিগ্বিজয়ীবু লাইরিক্তা ভন্মী ॥২৩ মসিবু শ্রীবৃন্দা-বনদাসনা শস্তোক্না লেংখবে। মপু মনাইগী দোষ গুণ ভাংনবদি ফোংতোকপবু তৌখিত্রে ॥২৪॥ ঐনা মঙ্গুগী শরুক্তো শ্রীবৃন্দাবনদাসবু খুকম্লগা লেংই, হায়জরি। প্রভুনা হায়রকপা দোষ গুণ তাবদা দিগ্বিজয়না মতোমতা নিন্দা তৌই ॥ ২৫ ॥ মত্তুদি থাবল্না মাইকৈ শিনথুংবা মুমিদাংদা প্রভুনা শিষ্যশিং লোয়ননা গঙ্গা মপান্দা লাইবিকুকী মরোন ডাংত্থনা প্রভুনা ফমত্থনা লৈ ॥২৬॥ মতমত্তুদা দিগবিজয় মফম অত্তুদা লাকত্থনা থুংলবে। গঙ্গাবু খুরুম্লগা প্রভুগী সুভাদ্দা চংশিল্লকলে ॥২৭॥ প্রভুনা মতোন্দা ইকাই-খুম্না সভাদা ফমহল্লে। দিগ্বিজয়না পুক্লংদা খো-ওইদনা প্রভুদা হায়রকই।২৮॥ নমিংদি নিমাঞি পণ্ডিত হায়রি ব্যাকরণতা ভম্মীবোরে। ব্যাকরন্দি অডাগী পাঠবিরিদনা, অত্তুবু মীনা নংগী যান্না গুণ লৈ হায়নৈ ॥ ২৯ ॥ থংল ব্যাকরণগী মরমতা কাপাপপু তম্মাবে। নংগী শিষ্যশিংগী অচুম চুমদা যেংনবা ঐনা তাবে ॥৩০॥ প্রভুনা খুম্মী ব্যাকরণ তম্বগী নাপন্দি তৌবি। শিষ্যশিংস্থ থংদে, ঐনস্থ থংবা ভমদে ॥৩১॥ কদাই নংদি অযাম্বা লাইবিক-শিংদা কবিদা চংখোল্লবনি। কদাই অয়াম্বা শিষ্য-শিংসু ঐসু নৌনা তমজবনি ॥৩২॥ নংগী কবিতাবু খজিক্কং পুক্লিদা তানিংই। মতমসিদা খৌজ্ঞানবিযু গঙ্গাগী মতিকপু হায়যু ॥৩৩॥ মত্তু তাববদা ব্রাহ্মনা নাপন তৌনা হায়রক্লে। পুং অমদা গঙ্গাগী মতিক ডাক্তা শ্লোক চামনা হায়রে ॥৩৪॥ মত্তু তাবরদা প্রভুনা মাবু য়ামনা থাগৎলে। নংগা মান্নবা অতোপ্পা কবি পৃথিবীদা লৈবরোই ॥ ৩৫ ॥ নংগী কবিতা শ্লোক্তা থংগদবদা কনাগী মতিক লৈতে। নংনা নিংথিনা অর্থদো থংগনি করিনো সরস্বতীনা থং-গনি ॥৩৬॥ মতমসিদা শ্লোক অমগী অর্থবু নংগী চিন্না হায়যু। তাবা মতমদা অম্নাম্বা মীশিংনা য়াম্না মুংডাইবা ফংগনি ॥৩৭ ॥ মতমত্তুদা দিগ্বিজয়না হংডি কবম্বা শ্লোককী অর্থ হায়যুপে। শ্লোক চামদগী প্রভুনা শ্লোক অমা খিরকলে ॥ ৩৮ ॥

**অনুবাদঃ**—গঙ্গাগী অসিগুম্বা মতিক্তা অতৎপ

তথাহি—একাদশীতত্ত্বে ধৃতো ন্যায়ঃ—

**অনুবাদমনুক্ত্বা তু ন বিধেয়মুদীরয়েৎ নহ্যলব্ধাস্পদং কিঞ্চিৎ কুত্রচিৎ প্রতিতিষ্ঠতি ॥৪॥**

লৈতনা থোইদোকনা ভাল্লি। মরম অদুদগী অসিগুম্বী গঙ্গাসে শ্রীবিষ্ণুগী চরণ থম্বান্দগী পোকপী লাইবক ফবী, অনিশুবী লক্ষ্মীগুম্বী লাই মী থিবিকনা মাগী চরণবু ঈরাংলবী. মানা ভবানীগী মপুবোইবগী কোক্তা পুত্থনা ভাল্লিবীনি। অতকপা গুম্না তিল্লবীনি। ইতি ॥৩॥

মতম অসিদা প্রভুনা শ্লোক অসিগী অর্থ তৌবো হায়। অতকপা ওইত্থনা দিগ্বিজয়না প্রভুদা হংভি ॥৩৯॥ নোংথাং কুপ্পগুম্না ঐনা থিরীবা শ্লোকশিংনি। অদুগী মরক্তগী শ্লোক্তুবু নংনা কবমনা চিনফা পুহৌরিবনো ॥৪০॥ প্রভুনা খুম্মী সরস্বতীগী বরনা নংনা থোইদোকনা কবি ওইবা। অদুগুম্না শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা—বরনা কনানা হায়বা হেক তাবদা ঐশু চিনফা পুই ॥৪১॥ অপেনবা ফংত্থনা ব্রাহ্মন্না, প্রভুনা খীরিবা শ্লোক অদু অর্থ তৌরে। প্রভুনা হায়— শ্লোককী দোষ গুণ কৰি লৈবগে হায়য়ু ॥৪২॥ ব্রাহ্মন্না হায়, শ্লোককী দোষগী মরিক্ ফাওবা লৈররোই। অতোপ্পা ২গী ফজনা মাল্লহনবা, রাইহেশিংগী ফজনা ময়েক মাল্লহনবা গুণ থজিক্তং লৈ ॥৪৩॥ প্রভুনা হায়রকই মতমসিদা হায়বদা শাওগনু। হায়য়ু নংগী শ্লোক অসিগী দোষ গুণ করি লৈবগে ৪৪॥ লাইনা পেনবদগী কাব্য তৌবদা নংগী হৈশিংবা গুণ লৈরে। মিংখিনা থল্লবদি অফ কত্ত থংগনি ॥৪৫॥ মরম অদুনা ফনা তৌ, শ্লোককী অফ- কত্তা থলহৌ, হায়য়ু। কবিনা হায় ঐনা হায়রিবদো শোইদবা বেদগী মচিনি ॥ ৪৬ ॥ ব্যাকরণতা তম্বা নংনা অলঙ্কারদি তমদবা। নংল্লা করি থংগনি, হায়রিবসিদি কবিগী মচিনি ॥৪৭॥ প্রভুনা হায়রকই মরম অদুনা নংভোন্দা হংক্টেবনিনি। থল্লবা অফ কত্তদো ঐভোন্দা থংহল্লু ॥৪৮॥ অলঙ্কার তমদবা ঐনা মবোন্দু তারি। মরম অদুনা শ্লোকসিদা অফ ফত্তা য়ামনা উরে ॥৪৯॥ কবিনা হায় দোষ গুণ কবি লৈবগে হেংসি। হায়য়ু। প্রভুনা হায়রকই শাওগনু হায়গে তাবো ॥৫০॥ শ্লোক অসিদা অকায়বা মতা অফবা মতা লৈরে। মথংশিংনা ঐ হায়গে তারগা রাখল তৌবো ॥ ৫১ ॥ হায়নি তায়বোই থংদবা দোষগী খুদম্না শ্লোককী মফম অনিদা লৈরে। অচুম্বদা চিংনহনবা, মথং মনাও কাইবা, হুপ্পন্না হায়বা দোষ ৩ অসিসু লৈরে ॥ ৫২ ॥ শ্লোক্তা গঙ্গাগী মতিকনা হায়বসি মকওইবা থংগদবা রাহৈনি। অসিগুম্বা, হায়বা থংহনবনা কোল্লবদি মথং মনাও কায়রে ॥৫৩॥ থংগদবনা হান্না হায়রে, থংহনবনা কোন্না হায়রে। মরম অসিদগী শ্লোককী তৌরিবা অর্থদো কায়রে ॥৫৪॥

**৪ শ্লোককী আঃ পঃ। ২। ১৪ গুবদা য়েংউ।**

অনিশুবী শ্রীলক্ষ্মী, হায়রবসিদা অনিশুবী স থংগদবা রাহৈনি। রারেংগী অয়াংপা ওইরে থংহলবা মশক থংলরোই ॥ ৫৫ ॥ অনিশুবী, হায়বসি থংগদবা রাহৈনি, মসি রারেং কায়রে। অদুনা লক্ষ্মীগা মাল্লবনি থংগদবদো মাংহল্লে ॥ ৫৬ ॥ অসিগুম্বা দোষগী মমিংবু হায়নি হায়রোয় থংদবা কোই। তপথরো, অতোপপা লৈবা দোষ অমগা হায়গে তারো ॥৫৭॥ মহাদেবগী মতুগী মরা হায়রিবসিদা রাম্না পেল্লে, অদুবু। অচুম্বদা চিংনহনবা কোবা, অসিগুম্বা অকন্বা দোষসি লৈরে ॥৫৮॥ ভবানী হায়বসি মহাদেবগী মতুবু হায়বনি। মাগী মরা হায়রবদি মরা অনিশুনা থংগনি ॥ ৫৯ ॥ মহাদেবগী মতুগী মরা হায়বা অসিদা তাবদা চিংনরে।

তথাহি—ভারতমুনিবাক্যম্ ।

**রসালঙ্কারবৎ কাব্যং দোষযুক্ চেদ্বিভুষিতম্ স্যাদ্বপুঃ সুন্দরমপি শ্বিত্রেণৈকেন দুর্ভগম্ ॥৫॥**

তথাহি—কস্যচিৎ

**অম্বুজ মম্বুনি জাতং কচিদপি নজাতমম্বুজাদাম্বু। মুরভিদিতদ্বিপরীতং পাদাম্ভোজান্মহা নদী জাতা ॥৬॥**

**অন্বয়ঃ** ।—রসালঙ্কারবৎ—রস অলঙ্কাবনা তিনবা, কবাং—কাব্যনা, চেৎ—মতম অতুদা, দোষযুকঃ—দোষনা তিল্লবা তদা—মতু ওইরবদি, বিভুষিতং—লৈতেংলবা, সুন্দবমপি—ফজ্জরবস্থ, বপুঃ—হকচাংনা, একেন—মচি অমতং, শ্বিত্রেণ—অভোবা লাইথুংনা থুংবনা, দুর্ভগম্—লাইবক থিবন', স্যাং—ওই ইতি ॥৫॥

**অন্বযঃ** —অম্বুনি—ঈশিংদা, অম্বুজং—থম্বান্না, জাতং—পোকই, কচিদপি—কৈদোউদেস্থ, অম্বুজাং—থম্বান্দগী, অম্বু—ঈশিংনা, নজাতং—পোক্তে, মুবভিদি—শ্রীকৃষ্ণদদি, তদবিপবিতং—মতুদগী ওন্নবা ওই, অম্বুজাং—শ্রীকৃষ্ণগী চবণ থম্বান্দগী, মহানদী—অথোযবা গঙ্গানা, জাতা—পোকই ইতি ॥৬।

তাবদা চিংনবা ব্রাহৈদো লাইরিক্তা অশেংবা ওইত্রে ॥৬০॥ ব্রাহ্মণগী, মতুগী মরাগী মথুক্তা দান তৌ। হায়র্বসি তাবদা মব্রা অনি শুবা ওইনা থল্লি ॥৬১॥ বিভবতি হাযবা ব্রাহৈগী অরোম্বা ক্রিয়াসিনা অমুক হন্না বিশেষণ ওইরে। অদ্ভুতগুণা— হায়বসিনা হঞ্জন্না হাযবা দোষ লৈরে ॥৬২॥ শ্লোক্কী পাদ ত্তদা চাংদমনিংভাই লৈতবা ব্রাহৈশিংগী মযেক মান্নহনবা উই। মতু পাদ অমদি লৈতে মসি মথং মনাও কায়বা দোষনি ॥৬৩॥ অতুমওইনমকপু শ্লোকসিদা ফজ্জহনবা মভা লৈ। অতুবু দোষ মভাদা শ্লোকসিনা মাংনবা তৌরে ॥৬৪॥ শ্লোক অমদা ফজ্জহনবা তরা লৈবদা, মতমতুদা। দোষ অমা লৈবদা অয়াম্বা ফজ্জহনবশিংদো মাংভি ॥ ৬৫ ॥ অতুম্না স্না, লুপা, ফিনচিংবা লৈতেংনা ফজববা হকচাংদা। অতুম্না অ-হোরাই মচেৎ অমতং থুংবনা হকচাংদো নোকনৈ ॥ ৬৬ ॥

**অনুবাদঃ**।—রস অলঙ্কারনা তিনবা কাব্যনা, মতম অতুদা দোষ তিল্লবা অতু ওইরবদি, লৈতেংতুনা, ফজরবস্থ হকচাংনা মচি অমতং অভোবা লাই-থুং থুংবনা, লাইবক থিবা ওই। ইতি ॥৫॥

হৌজিক ফজ্জহনবা মভাগী মশক ত্নেপপা তারো। ব্রাহৈ ফজহনবা অনি, অর্থ ফজহনবা অতুম্নি ॥৬৭ মতুদি ময়েক মান্নহন্দুনা পাদ অহুমদা ব্রাহৈশিংবু ফজহনবা অমা। অমনা শ্রীলক্ষ্মী হায়বসিদা হন-জনগদবদা ওঞ্জন্দবা অসিনি ॥৬৮। ময়েক মান্নহন-বদি শ্লোক্কী অহানবা মথোংদা, ত, মভাগী ব্রাহৈ-শিংদা লেংই। অহুমশুবা মথোংদা, 'র' মভানা মান্ননা লেংতুনা লৈ ॥ ৬৯ ॥ মরিশুবা মথোংদা 'ভ' মরিনা লেংতুনা মান্ননা ফোংতোকই। মবম অতুনা ময়েক মান্নহন্দুনা ফজহনববু হায়রবসিনি ॥৭০ হঞ্জনগদবা হঞ্জন্দবদি 'শ্রী' হায়বা, 'লক্ষ্মী' হায়বা অনিসি মশক অমতনি। অতুবু শ্রীলক্ষ্মী হায়রবদা হঞ্জনগদবদা হনজন্দে। ৭১॥ শ্রীলক্ষ্মী হায়বসিনা নিংথিববী লক্ষ্মীবু খংহল্লি অর্থ তোভাল্লি। হঞ্জন-গদতদা হঞ্জন্দনা ফজহনবা ব্রাহৈবু হায়রিবসিনি ॥৭২॥ লক্ষ্মীগুম্বীসিদা অতোপ্পা অনিবু মান্ননা অর্থ ফজ্জহনববু ফোংতোক্লা হায়র৩নি। অমদি পন্দবদা পনবগুম্না অর্থ ফজ্জহনবা অমা লৈ ॥ ৭৩ ॥ মতুদি গঙ্গাদগী থম্বান্না পোকপদা পুন্নমকনা চংথোম্না খংডি। থম্বান্দা গঙ্গাগী পোকই হায়বদা য়ামনা অপনবনি ॥৭৪॥ মসিদা শ্রীবিষ্ণুগী চরণ থম্বান্দগী গঙ্গানা পোকই হায়বা। ব্রাহৈ অস্নিদা য়াম্না শুক্রবা

পন্দনা পনবগুম্বা অর্থদা ফজবে ।। ৭৫ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী খনবদা ফংঙমদবা মতিক্কি গঙ্গাগী পোকফমনি। মসিদা পন্দনা পনবগুম্বা অর্থবু ফজহনববু হায়ববনি ।। ৭৬ ।।

**অনুবাদ ঃ—** ঈশিংদা থম্বান্না পোকই, বৈদৌ-ভৈদম্ থম্বালদগী ঈশিংনা পোক্কে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণ-দদি মদুদগী ওন্নবা ওই, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বান্দগী অথোইবী গঙ্গানা পোকই। ইতি ॥৬॥

ফংগদবগী মশক গঙ্গাগী মতিক অচৌবা মগাককী ফংবগী মবম। শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দগী পোকপনি হায়-বসিদ, মবম্না মশক থংবা যজহনবা ওইবে। মসি শ্লোক্কা অহানব', অনিশুবা মথোংদা লৈবে ।। ৭৭ ।। অচৌবদা অকাযবা মডা ফহনবা মডা লৈবে। কুপ্পা থিববদি মতমদুদা মপান নাইদনা লৈথবে ॥ ৭৮ ॥ লাইগী থৌজান্না নংগী কাব্য তৌবদা পাইবক পাই-খুগী লৌশিং চংখোল্লি। অরেপপা খংদনা কাব্য তৌবদা লেপনা অপনবা দোষ লৈগনি ।। ৭৯ ।। অরেপপা খংলগা কাব্য তৌবদা দোষ লৈতনা লুগনি। অকাযবা লৈতনা ফজহল্লবদি অর্থদো ডান্না ফজগনি ।।৮০॥ প্রভুগী অর্থদো তাবনা দিগ-বিজয় ঙকখরে। পাইরক পাইখুগী লৌশিংহু লেপ-খবে, চিন্দা য়াডাংবা থোকখিদ্রে ॥ ৮১ ॥ হায়গ নিংই খজিক্তসু হায়বা থোকত্রে। মতমদুদা পুক, নিংদা থনবদা থনফম খংদ্রে ॥৮২॥ তম্বা হৌরকপা অডাংসিনা ঐগী লৌশিং মা হল্লে। খংলে ঐডোন্দা সরস্বতীনা শাওবে ॥৮৩॥ অডাংসিনা তৌবিবা অর্থ অসি মীগী লৌশিংনা অমুম্না হায়বোই। সরস্বতী মানা নিমাঞিগী চিন্দা লৈতুনা হায়বনি ॥৮৪॥ অসি খন্দুনা হায়, তাও নিমাঞি পণ্ডিত। নংগী অর্থ তাবদা ঐনা ঙকপা ওইরে ॥৮৫॥ অলঙ্কারসু তমদবা লাইরিকশিংগী অথংবসু নত্তবা। করম্না অমুক য়ামবা অর্থশিংবু শস্ত্রোকনা হায়বনো ।।৮৬।। অসি তাবরবদা মহাপ্রভুনা থোইনা য়ামনা হরাওই। মহাককী থমোই খংনা প্রভুনা মরৈ তৌনা হায় ।। ৮৭ ।। লাইরিককী অফ ফত্তা ঐনা অরেপপা খংদে। অদুবু সরস্বতীনা হায়হনবা মতুবু ঐনা হায়বনি ॥৮৮॥ মসি তাববদা দিগ্বিজয়না খল্লি হায়বিবসি অরেপ্পনি। অডাংসিনা থোং ওইতুনা সরস্বতীনা ঐডোন্দা মাই-থিবা পাবে ॥৮৯॥ শোন্দুনা নিংলগা ঙসি সরস্বতী-দা হায়জখিগে। অডাং অসিনা থোং ওইতুনা ঐ-ডোন্দা অমুক মাইথিহল্লি ॥৯০॥ অবেপ্পমক্কি সর-স্বতীনা শেংদবা শ্লোক থীহনবনি। খন্নরকপা মতমদা মাগী মগুম্না বুদ্ধিবু কুপশিনবনি খল্লি ॥৯১॥ মতম অদুদা প্রভুগী অয়াম্বা শিষ্যশিংনা নোক্লকই। মথোয় পুম্নমকপু থামলগা প্রভুনা কবিদা হায় ॥৯২॥ নংসি অথোয়বা পণ্ডিতনি অথোযবা কবি-শিংগী কোক্কী মণিনি। অসিগুম্বা নংগী চিন্দগী অসিগুম্বা অপেনবা য়াহৈবু হায়দোক্লকপ। ।।৯৩।। নংগী কবিতাসি, অপেনবা য়াহৈসি লুরবা গঙ্গাগী ঈচেনগুম্বনি। কদাইদা নংগা মান্নবা অতোপ্পা কবি অমা উদ্রি ॥৯৪॥ ভবভূতি কৌবা, জয়দেব, অমদি কালিদাস। মখোয় পুম্নমক্কী কাব্যদা দোষ ফোংতোক্পা লৈবা ডাকনি ॥ ৯৫ ॥ অকাই কাইদা থিনবসিনি খজিক্তা ওইনা নিংই। মতুদা কাব্যবু তৌবকপা ঙম্মীবা মতুবু থাগৎলি ॥৯৬॥ অডাং ওই-বগী তয়াং তশোইবা ঐগী দোষ খজিক্কো লৌগন্নু। ঐ অসিনা নংগী শিষ্যমক্কসু মান্নত্রিবনি ॥ ৯৭ ॥ ঙসিদি লৈফমদা চংলো হয়েং অমুক উনসি। লাই-বিক্কী অরেপ্পদো নংগী চিন্দগী তাসি।। ৯৮ ॥ মতৌ অমুম্না অনিসিমক্তা যুম যুমদা চত্তুনা য়োনরে। কবিনা অহিংদা সরস্বতীবু নিংজরক্লে ॥ ৯৯ ॥ সর-স্বতীনা মমংদা মডোন্দা তাকপিরকই। প্রভুবু সংসংবা শ্রীকৃষ্ণমক্কি হায়না খংডো ॥১০০ হায়রম্বগী নোংডাল্লবদা লাক্তুনা প্রভুগী চরন্দা চংজখরে ॥

দিগ্বিজয়গী অপুনববু ককপিদুনা প্রভুন' খৌজানবিখ্রে ১০১॥ লাইবক ফবা দিগ্বিজয় পুনসিগী মহৈ য়াল্লে। মহৈগী পাঙ্গন্না শ্রীমহাপ্রভুগী চবণবু ফংজরে—॥১০২॥ অয়াম্বা অসিগুম্বা লীলাসি শ্রীবৃন্দাবনদাসনা লেংখরে। মানা খজিক্তং হায়বা মতুবু মসিদা য়ামনা ফোংতোকচবনি ॥১০৩॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি অমৃতগী ঈচেল্লি। তাজবদা মী অতুগী অয়াম্বা ইন্দ্রিশিংগী পেল্লি ॥১০৪॥ শ্রীরূপবঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুকমজদুনা। শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥১০৫॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচবিতামৃতদা আদি খণ্ডদা পাখংমচাগী লীলাবু স্থপ্না হায়ব' তরাতবকশুবা পবিচ্ছেদনি।

# সপ্তদশ পরিচ্ছেদ

**বন্দে স্বৈরাদ্ভুতেহং তং চৈতন্যং যৎপ্রসাদতঃ। যবনাঃ সুমনায়ন্তে কৃষ্ণনাম প্রজল্পকাঃ ॥১॥**
**বিদ্যা সৌন্দর্য্য সদ্বেশ সম্ভোগ নৃত্য-কীর্ত্তনৈঃ। প্রেমনামপ্রদানৈশ্চ গৌরো দীব্যতি যৌবনে॥২॥**

**অন্বয়ঃ**।—স্বৈরাদ্ভুতেহং—মনিংতম্বা অঙকপা মশক্না ওইবা, তং অদুগুম্বা, চৈতন্য— শ্রীচৈতন্যবু বন্দে—খুরুমজৈ, যৎ প্রসাদতঃ—মাগী খৌজান্দগী, যবনাঃ—পাঙনশিংনা, কৃষ্ণনামপ্রজল্পকাঃ— শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা বৈষ্ণব ওই, সুমনায়ন্তে—পুকচেন্ ফবা ওই। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—গৌরা—শ্রীগৌরাঙ্গনা, যৌবনে—পাখং ফাববদা, বিদ্যা সৌন্দর্য্যসদ্বেশ সম্ভোগ নৃত্য কীর্ত্তনৈঃ—মহৈদা চংখোনবা, নিংথিবা ফিজেৎ, সম্ভোগা—জগোই শাবা, নাম শোনবা খিবিকসিতনা মবঃ ওইদুনা। প্রেম-নামপ্রদানৈঃচ—প্রেম নাম ভক্তিনচিংবা পীদুনস্থু, দিব্যতে—শান্নে। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**—মনিংতম্বা অঙকপা মশকনা ওইবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যবু খুরুমজৈ, মাগী খৌজান্দগী পাঙনশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোন্দুনা বৈষ্ণব ওই, পুকচেন ফবা ওই। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ, গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥ পাখং মচাগী শাস্ত্রবগী মশকপু স্থপ্না শিংথারে। পাখং ফারবগী শাস্ত্রবগী মশকপু সুপনা মথং নাইনা হায়জরি ॥২॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীগৌরাঙ্গনা পাখং ফারবদা মহৈদা চংখোনবা, নিংথিবা ফিজেৎ, জগোই শাবা, না শোনবা খিবিকসিনা মবম ওইদুনা, প্রেম না ভক্তিনচিংবা পীনদুনস্থু শান্নে। ইতি ॥২॥

পাখং ফারবা প্রভুগী হকচাংদা, হকচাংগী অয়াম লৈতেংই। মকত্রবা ফি সুন্দ শেৎপা ইনবা, পরেং চন্দন থোনবা ॥৩॥ লাইরিকুকী খৌনা ফব প্রভুনা কনাবুস্থু শিংথানদে। অয়াম্বা ওঝা ওই পণ্ডিতশিংবু প্রভুনা লায়না ভমই ॥ ৪ ॥ নোংম মুংশিংনা নারে পাওখোংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফো তোক্লকই। ভক্তশিংনা পুদুনা মথম মথা য়াম

তথাহি—বৃহন্নারদীয়ে ( ৩৮।১২৬ )

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্‌ কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥৩॥**

প্রভুনা শাগ্নে ॥৫॥ অত্তগী মতুংদা প্রভুনা গয়াতীর্থ-দা লেংহুনা যৌরে। গয়াদা ঈশ্বরপুরীগা উন্নববদা প্রভুনা চংজরে ।।৬।। শ্রীঈশ্বরপুরীনা দীক্ষামন্ত্র (ক্লীঁ গোপীজন বল্লভায় স্বহা) অসিনচিংবা হরিনাম গায়-ত্রীগা লোয়ননা পীবিরবগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ফোংতাল্লক্লে। অমুক হন্না লাক্লগা নবদ্বীপ্তা মন্ত্রসি পুন্নমক্তা পীত্থনা প্রেমগী শান্নবব্‌ তৌই ।।৭।। শ্রী-শচীদা প্রেম পী অত্থগী মত্থংদা শ্রী অদ্বৈতগা তিন্নখি। শ্রীঅদ্বৈতনা শ্রীগৌরাঙ্গদা য়েংবদা শ্রীজগৎবিশ্বরূপ্ উই ॥৮॥ অত্থগী তুংদ, শ্রীবাসনা প্রভুগী অভিষেক সেবা তৌখি। মত্থদা আসন্দা ফমত্থদা প্রভুনা তৌবা ভস্বা মখৈ ফোংতোকখি ॥ ৯ ॥ অত্থগী মতুংদা শ্রী-নিত্যানন্দনা রাঢ দেশদগী লাকতুনা নবদ্বীপ্তা। শ্রীগৌরাঙ্গগা তিন্নখি প্রভুগী পাম্বোম তরুক পানবা উখি ॥১০॥ অহানবদা প্রভুনা নিত্যাইদা পাম্বোম তরুক পানবা উহনবা মশক। মোইবুং, চক্র, গদা, ধম্বাল, লিরুং, বেণু তরুকসি পায়বা মশকনি ॥১১॥ মতুংত্থদা পাম্বোম মরি পানবা মথেক্ক অহুম খোয়বা। খুৎ অনিনা বেণু পায়ত্থনা খোংবা, অনি অমনা মোইবুং চক্র পায়বা ॥ ১২ ॥ অত্থগী মতুংদা খুৎ অনিনা অরেপপা বংশী পায়ত্থনা খোংবা মশক। শ্রীব্রজনিংথৌগী মচা কুচু সংবানবা হক-চাংদা ফিগে নাপু খোনবা ॥১৩॥ অরেপপা মশক উরবগী মতুংদা শ্রীনিত্যানন্দনা প্রভুদা ব্যাস পূজা তৌই। ( দীক্ষামন্ত্র, গায়ত্রী, হরিনাম ঈশিং তুলসী লোয়ননা শ্রীকৃষ্ণদা পেন্নবা কৎতুনা থৌগনবু ব্যাস পূজা কৌই, সাত্ত্বিক পূজা কৌই। ) অত্থদগী শ্রীনিত্যানন্দনা পুক্লিং চংত্থনা বলরাম ওইরে হুক লাজোন পায়রে ।।১৪।। অত্থগী মতুংদা শ্রীরাম-কৃষ্ণ ওইনা উরবদা শ্রীশচীনা গৌরনিত্যাই মচিন মনাও-নি ইচানি হায়না পুন্না পমখ্রে। অত্থদা শ্রীবাসগী মূপী শ্রীমালীনিনা শচীদগী নীত্থনা শ্রীনিত্যানন্দবু লৌরগা ইচানি হায়না যাক্কুনা মযুমদা থমখি। অত্থগী মতুংদা প্রভুনা জগাই মাধাইবু লানবিত্থনা বৈষ্ণব ওইহল্লি। ১৫ ।। মত্থ ত্থদা প্রহর তরেৎ প্রভুনা গোপীগী পুকচেন্দা চংত্থনা লৈ। মফম থুদি দা ভক্তশিংনা থোইদোকনা মত্থবু উরি ॥১৬॥ অত্থদগী প্রভুনা মুরারিগী মযুমদা গুক ওইখিববু পুক্লিংনা চংখিত্থনা। মুরারিগী লেংবান্দা তোংত্থনা প্রভুনা জগোই শাত্থনা মঙোন্দা লৈ ॥১৭॥ অত্থগী মতুংদা শ্রীশুক্লাম্বরগী ঝুলীদা চেং লোত্থনা প্রভুনা হাখি। শ্লোককী অর্থগা লোয়ননা হরিনাম্বু অরেপ-পনি হায়ত্থনা পী। ১৮ ॥

**৩ শ্লোক্কী আঃ পঃ ৭। ৩ শুৱদা য়েংউ।**

**অনুবাদঃ**—হরিনামনা, হরিনামনা, হরিনামনা, শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা লেপ্প অরেপ্পনি। কলিদা হরিনাম নত্তনা শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবা অতোপ্পা ১ লেপনা লৈতে, লেপনা লৈতে, লেপনা লৈতে। ইতি ।।৩।।

কলিদা শ্রীকৃষ্ণনা হরি নাম অঁসি ওইনা লৈরে। হরিনামদগী অয়াম্বা জগৎনা সংসার লান্দুনা শ্রীকৃষ্ণ ফংলি ॥১৯॥ হরিনাম্বু চেকশিন্নবগীদমক্তা হরিনাম্বু অহুমলক হায়বনি। অপংবা থংন্নবগী-দমক্তা লেপনা হায়বসি অহুমলক হায়বনি ।। ২০ ।। অমুক হন্না অরেপ্পনি হায়বসিনা কলিদা হরিনাম-সিনা শ্রীকৃষ্ণ ফংনবনি হায়বনি। হরিনামসি নত্তনা জ্ঞানা, যোগনা, তপনা, কর্মনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণ ফং-লোই ॥২১॥ হরিনাম নত্তনা শ্রীকৃষ্ণ ফংগনি নিংলি-বদো মানা সংসার লাল্লরোই। লেপনা লৈতে, লেপনা লৈতে, লেপনা লৈতে, অহুমলক শ্লোক্তা হায়রবসিনি ॥২২॥ নাপীদগী হেন্না তোন্না হরিনামসি

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যচন্দ্রেণোক্তং পদ্যম্

**তৃণাদপি সুনীচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা। অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ ॥৪॥**

**অন্বয়ঃ**।—তৃণাদপি—নাপিদগীসু, সুনীচেন—য়ামনা হেন্না তোন্না, তরোরিব—উগুম্না, সহিষ্ণুনা—অথাংকনবা, অমানিনা—চাওখোক্তবা, মানদেন—অতোপ্পবু ঙমজহন্দুনা, হরি—হরিনামসু, সদা—তত্তনা, কীর্ত্তনীয়ঃ—শোজগদবনি। ইতি ॥৪॥

শোনজগনি। মশানা নাপন তৌফদে অতোপ্পদা ঙমজবা পীথোকনি ॥ ২৩ ॥ উগা মান্ননা অথাং কনগনি নাম শোনগ'নি শ্রীবৈষ্ণব ফংগনি। চৈবদা মশাবু য়ৈবদা কনাদসু করিসু হায়রোই ॥২৩॥ য়ান-থংনবসু কনাদা উনা করিসু হায়দবগুম্না। কংহুনা শিবা তারবদা ঈশিংবু উনা নিদে ॥২৫॥ মতৌ অসুমনা হরিনাম শোনবা বৈষ্ণবনা কনাদসু খজিক্তং শিবা তারবদসু নিরোইদবনি। চানবগী হায়জরোই করিগুম্বদা মহৈ মপান চাগদবনি ॥ ২৬ ॥ অকংবতনা পেনগনি অতুম্না তত্তনা হরিনাম শোনগনি। অ'সনা ভক্ত ধর্ম্মবু য়োক্লবগী শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী—১চঃনি ॥২৭॥

**অনুবাদঃ**— মীতুনা নাপীদগীসু য়ামনা হেন্না তোন্না অমসুং উগুম্না অথাং কনবা, চাওখোক্তবা অতোপপবু ঙমজহনবা অতুগা হরিনামসু তত্তনা শোজগনি। ইতি ॥৪॥

প্রভুনা পাখোম থাজতুনা হরিনাম শোন্দুনা হায়, জগৎ পুম্নমক্তা তাও। শ্লোকক্কা লোইনবা প্রেমনা লংথুং ওইদুনা হরিনাম মালাবু লেংদুনা পীরগা পুম্নমকপু থরাই থাবা কাওবা শোনহন্দুনা শ্রীকৃষ্ণবু কংহল্লি ॥ ২৮ ॥ প্রভুগী য়াথংনি শ্লোক অসিগী মরোল চংদুনা নাম শোল্লু। মতুং অতুদা শোর-দনা শ্রীকৃষ্ণবু লেপনা মীতুনা কংজগনি ॥ ২৯ ॥ অদুগী মতুংদা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা তত্তনা শ্রীবাসগী য়ুমদা অহিং অহিংদা চহি অমা চুপনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই ॥৩০॥ (শোক ১৪৩০ দা প্রভুগী চহি ২৩ গুরে। পানথংলকপা য়াকচিং থাদা সঙ্কীর্ত্তন তৌবে। চহি ১ লৈরগা, শোক ১৪৩১ গুবা য়াকচিংগী পানথংলকপা সংক্রান্তি চহি ২৪গী অরোম্বদা শোক ১৪৩১ গুবদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌই। মসি শ্রীকবিকর্ণপুরগী শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হ য়খ্রে)। হোজং থোং থিংদুনা ভক্তশিংগা পুন্না প্রভুনা শ্রীবাসগী প্রাঙ্গোন্দা থরাই য়াম্না য়াওনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম সঙ্কীর্ত্তণ তৌমিন্নৈ। নোক্লবা লাকপা পাষণ্ডীশিংদো চংবা ফংদ্রে। কীর্ত্তণবু তাবদা মপান্দা পাষণ্ডীশিংনা চাকতুনা থরাই য়াই। শ্রীবাসদা অরাবা পীগদবগী মযামনা থমদুনা ॥৩২॥ নোংমদি গোপাল চাপাল কৌবা ব্রাহ্মণ্ন। পাষণ্ডীগী লুচিংবনি মানা চিনখিবা কত্তবা ঙাংবনি ॥৩৩॥ মানা দুর্গাপূজাগী অরাম্বা পোৎলম পুরক্তুনা। অহিংদা শ্রীবাসগী হোজং খোংদা মফম অমা য়াই তৈদুনা ॥৩৪॥ লাতোনগী মথক্তা জবাকুসুম হাপতুনা থনম্মী। য়াইগুং সিন্দুর ১দি বক্ত চন্দন চং মচং থনম্মী ॥৩৫ ॥ মনাক নক্তা য়ু চফু অমা থম্মলপা মযুমদা চংদ্রে। নোংড়ানক্তা তৌরমলিবদু শ্রীবাসনা উরবদা ॥ ৩৬ ॥ অচৌঅচৌবা অরাম্বা পণ্ডিত ভক্তশিং কৌদুনা পুরক্লে। মরামদা শ্রীবাসনা নোক নোকতুনা হায়কই ॥৩৭॥ নিত্তিগী অহিংদা ঐনা দুর্গাপূজা তৌরিবনি। ব্রাহ্মণ লৈবশিংনা ঐগী মতিক অসি য়েংবীয়ু। ৩৮॥ মতম অতুদা অরাম্বা সাধু ওইবা বৈষ্ণব পণ্ডিতশিংনা মাংলে মাংলে হায়নৈ। মকমসিদা অসিগুম্বা থবকসিবু কত্তবা কনানা তৌরিবনা ॥৩৯॥ য়াইদ্রু

কৌরুতুনা পুম্নমক্তু লোইনা সেংতোকহল্লে। যদ্বি হাপ্তুনা ঈশিংনা মফম অদু রাই লৈথোকহল্লে ॥৪০ অদুদগী মুমিৎ ছুমনিগী মতুংদা অদুগুম্বা চিনখিবা গোপালদো। মশা পুম্না কুষ্ঠি থুংলে মশাদগী ঈ শিম্বরে ॥৪১॥ মশা পুম্না হন চংলে অতৎপা লৈতনা হল্লনা চাবে। খাংবা ঙমদবা অরাবনা রাখরে থমোইদা চাকপে ॥৪২॥ গঙ্গাগী ঘাটতা উগী মথোংদা ফমদুনা লৈরে। নোংমদি মানা উরবদা প্রভুদা খজিক্কং হায়জে ॥ ৪৩ ॥ লৈমিন্নবগী মবিনা ঐনা নংগী মাতুল থোকই। নংবু ইমাক ওইবা ঐনা অনাবা কুষ্টিনা রাববদা ॥ ৪৪ ॥ করম তৌসিগে অযাম্বা মীশিংবু লানবিগে হায়বা নংগী মপোকনি। ঐনা য়ামনা রারে ঐবু থরা অরাবা কোকহল্লু ॥৪৫॥ মদু তাবদা মহাপ্রভুনা পুকনিংদা য়ামনা শাওখবে। প্রভুনা গোপালদা হেন্না শাওদুনা ঙংদুনা রাহৈ অমা হায় ॥৪৬॥ হে পাপী! ভক্তবু য়েকনবা নংডোন্দা লানবীররোই। মতৌ অশ্না মপোক কোটিরক তীন্না চাহনগদবনি ॥৪৭॥ নংনা শ্রীবাসবু দুর্গা পূজা তৌবা মালহনবা। নংগী মপোক কোটিরক নরক্তা তাগদবনি ॥৪৮॥ পাষণ্ডীশিং মাংহনগে হায়বগীদমক্তা ঐগী অসিগুম্বা মপোকনি। পাষণ্ডীশিংবু মাংহল্লগা ঐনা ভক্তিবু শস্তোক্লদোরিবনি ॥৪৯ অসি হায়রগা লানবীরমদনা গঙ্গা স্নান তৌবগা লেংখরে। অদুগুম্বা পাপীদো অরাবা ফংবনা থরাই পুবা ঙমদরে ॥৫০॥ অদুদগী প্রভুনা সন্ন্যাস তৌদুনা ক্ষেত্রদা চত্তুনা লৈরবা মতমদা। মদুদগী কুলিয়াগ্রামদা লাকপা মতমদা ॥৫১॥ মতম অদুদা অদুগুম্বা পাপীদো প্রভুগী চরনদা চংজরে। প্রভুনা থৌজানবীদুনা ফমববু তাকপিরে ॥৫২॥ শ্রীবাস পণ্ডিতকী মফমদা নংনা অপরাধ তৌখি। মতমসিদা মঙোন্দা চংলু, হায়জো; মানা থৌজানবীরবা ॥৫৩ মতমদুদা নংগী অসিগুম্বা পাপপু কোকনি। কোন্নবা মতমদা অমুক হন্না অসিগুম্বা লমচৎ তৌরুগনু ॥৫৪॥ মতম অদুদা ব্রাহ্মনা লাকতুনা শ্রীবাসদা হায়জরে। শ্রীবাসগী কৃপানা ব্রাহ্মণগী পাপপু কোক্লে ॥৫৫॥ অতোপপা ব্রাহ্মণ অমনা কীর্ত্তন য়েংগে লাকপদা। হোজং থোং থিংথরে মমুংদা চংবা ঙমদরে, ফংদরে ॥ ৫৬ ॥ মযুমদা হল্লুনা চৎখরে বাম্নায়া পুকনিংদা রাবা ফংখ্রে। মতুংগী মুমিত্তা গঙ্গাগী ঘাটতা ফংনবদা প্রভুদা হায় ॥৫৭॥ পুক্রিংনা অরাবা ফংলে শাপ তৌবগে। ঐগী শাপনা অকনবা ফত্তবা রাহৈনা লুপ্তুণ তত্তুনা ॥৫৮॥ নংগী সংসারগী নুংডাইবা মাঙবা ওইবো, ওইসনু। শাপ্পু তারবদা প্রভুগী পুক্তা নুংডাইবা ওইখ্রে ॥ ৫৯ ॥ প্রভুগী শাপকী পাওবু মীদুনা থাজনা তাজবদা। মহাকী ব্রহ্ম-শাপ্তুগী পাপ্পু কোকপা ওইরি ॥৬০॥ মুকুন্দদত্তদা দণ্ডী তৌদুনা থৌজানবী। মহাককী থমোইগী অয়াম্বা অরাববু কোকপী ৬১॥ শ্রীঅদ্বৈতগোসাত্রিন্দা প্রভুনা গুরুনি হায়না খুরুম্মী। মদুদা অদ্বৈতনা য়ামনা পুক্রিংদা অরাবা ওই ॥৬২॥ মরৈ তৌদুনা জ্ঞানমার্গবু অদ্বৈতনা তৌগদবনি হায়রকই। মদুদা প্রভুনা য়ামনা শাওদুনা অদ্বৈতদা দণ্ডী তৌখি ॥৬৩ মতম অদুদা অদ্বৈতগোসাত্রিগী নুংডাইবা ওইখি। ইকাইবা ওইদুনা প্রভুনা থৌজানবীখি ॥ ৬৪ ॥ মুরারিগুপ্তগী মচিন্দগী শ্রীরামগী গুণগী মপৈবু তাখি। প্রভুনা মাগী লাইবক্তা রামদাস মিংসি ইখি ॥৬৫॥ অমনা শ্রীধরগী য়োংকী পাত্রদা প্রভুনা ঈশিং থকখি। অয়াম্বা ভক্তশিংগী অপাম্বা বর প্রভুনা পীবিখি ॥৬৬॥ প্রভুনা হরিদাস ঠাকুরবু থৌজানবীখি। অদ্বৈতগী মফমদা লৈবা শচীগী— অপরাধ কোকহনখি ॥ ৬৭ ॥ ভক্তশিংদা প্রভুনা হরিনামগী মতিকপু হায়রকই। তাদুনা পড়ুবা ংনা মদুদা প্রভুদা অর্থবু য়েংলে ॥৬৮॥ হরিনামগী অর্থদা য়েংপা তাবদা প্রভুগী অরাবা ওইরে। পুম্নমক্ত

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ১৪ অধ্যায়ে ১৯ শ্লোকঃ।

**ন সাধয়তি মাং যোগে ন সাখ্যাং ধর্ম্ম উদ্ধব। ন স্বাধ্যায় স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জ্জিতা ॥৫**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্বং ৮১ অং ১৪ শ্লোকঃ।

**ক্বাহং দরিদ্রঃ পাপীয়ান্ ক কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতনঃ। ব্রহ্মবন্ধুরিতিস্মাহং বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ।৬॥**

---

**অন্বয়**।—উদ্ধব—হে উদ্ধব, উর্জ্জিতা—অথোইবী, মমভক্তি—ঐগী ভক্তিনা, মম—ঐবু, যথা—পেনবা অতুম্না, সাধয়তি—খুতুম চল্লি, তথা—পেনবা খুতুমচনবা অতুগুমনা, নযোগঃ—যোগনা ডমদে, নধর্ম্ম—অশ্রম ধর্ম্মনা ডমদে, নস্বাধ্যায়—বেদ তম্বনা ডমদে, নতপ—তপ তৌবনা ডমদে, নত্যাগঃ—সন্ন্যাস তৌননা ডমদে। ইতি ॥৫॥

**অন্বয়ঃ**।—দরিদ্রঃ—লাইরবা, পাপীয়ান্—পাপচেনবা, অহং—ঐনা, ক্ব—কদাইদগী, শ্রীনিকেতনঃ শ্রীলক্ষ্মীনা থোগনবা, কৃষ্ণঃ—কৃষ্ণনা. ক্ব—কদাইদগী, ব্রহ্মবন্ধুঃ—ব্রহ্মণ মরুপনি, ইতি—অসুমনা, স্ম—ক্বাওনা, বাহুভ্যাং—বাম্বোম অনিনা, পরিরম্ভিতঃ—কোনবিখবে। ইতি ॥৬॥

---

ছাত্র ব্রাহ্মণদুগী মমাই য়েংউনু প্রভুনা থামখি।৬৯॥ খোল্লবা ক্ষি পুববা শিষ্যশিংগা লোয়ননা প্রভুনা গঙ্গাদা ঈরুজৈ। মতুনা প্রভুনা ভক্তিগী মতিক হায়দোকলকই ॥৭০। জ্ঞান, যোগ, ধর্ম্ম শ্রীকৃষ্ণবু খুতুম চন্দে। মতোমতা ডাইবী প্রেম ভক্তিরসনা শ্রীকৃষ্ণবু খুতুম চনবা মরমনি। ভক্তি হায়বদি—দীক্ষা, মন্ত্র, গায়ত্রী, হরিনাম অসিনা অরেপপা শ্রীকৃষ্ণগী সুদ্ধ ভক্তিনি ॥৭১॥

**অনুবাদ** ঃ— শ্রীকৃষ্ণনা—হে উদ্ধবা অথোইবী ঐগী ভক্তিনা ঐবু অতুমনা পেনতুনা খুতুম চল্লি। অতুগুম্না যোগনা ডমদে আশ্রম ধর্ম্মনা ডমদে, বেদ তম্বনা ডমদে, তপ তৌবনা ডমদে সন্ন্যাস তৌবনা ডমদে। ইতি ॥৫।

প্রভুনা মুরারিদা হায় নংনা শ্রীকৃষ্ণবু খুতুম চল্লে। মতু তারতুনা মুরারিনা শ্লোক অমা থিরকলে ॥৭২॥

**অনুবাদঃ**— শ্রীদামনা লাইররবা পাপচেনবা ঐনা কদাইদগী, শ্রীলক্ষ্মীনা থোগনবা শ্রীকৃষ্ণনা কদাইদগী ব্রাহ্মণনি মরুপনি অসুমনা ক্বাওনা বাম্বোম অনিনা কোনবীখ্রে। ইতি ॥৬॥

নোংমগী নুমিতা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নতুনা। সঙ্কীর্ত্তণ লোইবগা রাবতুনা ফমতুনা লৈবে ॥৭৩। হৈনৌ মক্ত অমথক মাঙ্গোন্দা প্রভুনা থাবে। খুদক অতুদা হোরক্তুনা মপান্থী মপুও ক্বারে ॥৭৪॥ উন উনা মপান্থীদা মহৈ য়াল্লে। অয়াম্বা উহৈদো মুরে মযামনা ডকলে ॥৭৫॥ হৈনৌ ২০০ প্রভুনা থুন প্রভুনা হেক্তুনা। থোক্লগা শ্রীকৃষ্ণদা হাবিনব কংলে ॥৭৬॥ অডাংবা নাপু মচুনি মরু মশিং মব পান্দে। মী অমগী হৈনৌ অমা চাবদা পুক থলে ॥৭৭। উরবদা শ্রীশচীগী মচানা অপেনবা ওইরে প্রভুনা হাননা চারগা ভক্তশিংদা কোয়া পীরে ॥৭৮॥ মরু, মকু, মশিং, পান্দে মহাওনা অমৃত রসগী মশকনি হৈনৌ অমা চাবদা রসনা মহাও পুক থল্লে ॥৭৯। থা তবানিথোই মতৌ অতুম সুমিং খুদিংগী হৈনৌ অমুনবা মহৈ অমমম বৈষ্ণ শিংদা পীজরগা প্রভুগী সুংডাই ॥ ৮০ ॥ অসিগু অয়াম্বা লীলাবু শচীগী মচানা শাল্লে। ভক্তশিং নত্তনা অতোপপা মীশিংনা মতু থংদে ॥৮১॥ মচ অসুম্না থা তরানিথোই চুপন্না কীর্ত্তন লোইরব

প্রভুনা অত্রমহোৎসব নিত্তি নিত্তিগী তৌই ॥৮২॥ প্রভুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌরিবৈদা নোং মংতকলে। প্রভুগী ইচ্ছানা নোংশিংবু খামহুনা চুহন্দে ॥৮৩। নোংমগী মুমিত্তা প্রভুনা শ্রীবাসদা য়াথং পী। পুক্লিংনা তানিংহুনা শ্রীবিষ্ণুসহস্রনাম থিয়ু হায় ॥৮৪॥ শ্রী-বাসনা শ্রীনৃসিংহগী নামবু থিহুনা হায়জবকলে। শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুনা তারহুনা মতুদা পুক্লিং চংখ্রে ॥৮৫ শ্রীনৃসিংহদা পুক্লিং চংহুনা প্রভুনাখুত্তা গদা পায-হুনা। পাযগীশিংবু য়েংলগে—চেন্দুনা নগরদা লাক্লে ॥৮৬॥ শ্রীনৃসিংহ আবেশদা অথোইবা মতানগী মশক ওইনা উরে। য়ামনা অকিবা ফংনা মীশিংনা লম্বী থৈদোক্তুনা চেন্থোকই ॥৮৭॥ মীশিংগী অকিবা উবদা প্রভুগী মপানগী জ্ঞান তাবে। শ্রীবাসগী মযুমদা চেল্লক্তুনা গদা থাদরে ॥৮৮॥ শ্রীপ্রভুনা অন্নাবা ওইহুনা শ্রীবাসদা হায়রকই। ঐবু মীনা অকিবা ফংথবে ঐগী অপরাধ লৈরে ॥৮৯॥ শ্রীবাসনা হায় মীহুনা নংগী নাম শোনবদা মহাককী অয়াম্বা কোটি অপরাধবু মাডবা ওইরি ॥৯০॥ ইবুংঙোগী অপরাধ লৈতে জগৎ লানবীরি-বনি। মীহুনা ইবুংঙোবু উবদা মাগী সংসারবু লান-থোকই ॥৯১॥ অসি হায়হুনা শ্রীবাসনা প্রভুবু সেবা তৌজে। পেন্দুনা প্রভুনা নীজ মন্দিরদা লেংলক্তুনা য়োরে ॥৯২॥ মতুংগী মুমিত্তা মহাদেবগী মনাই অমনা শিবগী গুণ শক্তুনা প্রভুগী মাঙোন্দা ডমরু খিংহুনা জগোই শারে ॥৯৩॥ শ্রীশচীগী মচানা মহাদেব আবেশ ওইরে। মাগী লেংবান্দা তোংহুনা য়ামনা কুইনা জগোই শাই ॥৯৪॥ মতুংগী মুমিত্তা ভিক্ষুক অমা লাক্তুনা ভিক্ষা নিরৈ। প্রভুগী জগোই উবদা মাসু জগোই শারকলে ॥৯৫॥ প্রভুগা লোয়ননা হরাওনা জজোই শামিন্নৈ। প্রভুনা মহোন্দা প্রেমবু পিবীহুনা প্রেম রসদা তাওরে ॥৯৬॥ অতুগী মতুংগী মুমিত্তা পুমমক থংবা পাঞ্জি অমা লাকলে। মহাক্কী ইকাই খুম্নববু তৌই প্রভুনা হংভি ॥৯৭॥ খোত্তুনা হায়য়ু ঐনা নহান মপোক্তা কনা ওইরম্মী। প্রভুগী য়া তাবদা পাঞ্জিনা খোত্তুনা য়েংলকলে ॥৯৮॥ অথংবা পাঞ্জিনা খোৎতুনা য়েংবদা অথোইবা মতানগী মশক ওইনা উই। অযাম্বা বৈকুণ্ঠ ব্রহ্মাণ্ডশিংগী খোকফম চং জকম ॥৯৯॥ অথোইবা অবেপ্পা মশক, অথোইবা ব্রহ্ম অথোইবা মবুংঙো। ওইবা প্রভুগী মশক উবদা পাঞ্জিগী অঙকপা ওইখ্রে ॥১০০। খজিক্তসু হায়বা ঙমদ্রে য়া ভাংদনা তুমিন্না লৈখরে। প্রভুনা হন্না হংই পাঞ্জিনা অবেপ্পা খুমলকলে ॥১০১॥ নহান মপোক্তা নংনা জগৎকী মপু ওইরম্মী। অয়াম্বা তৌবা ঙম্বগী মশকনা চংখোম্না থল্লবা ভগবান ওই-রম্মী ॥ ১০২ ॥ অতুম্না মমাংদৈদা লৈরম্বা নংনা হৌজিকসু মশক্তো ওইরি। থংবা ঙমদবা তত্তনা মুংঙাইবা নংগী নশকনি ॥১০৩॥ প্রভুনা নোক্তুনা হায় নংনা করিশু থংদেদনা। মমাংদৈদা নহান মপোকতা ঐনা গোপগী জাতিদা লৈরম্মী ॥ ১০৪ ॥ গোপগী মযুমদা পোক্লম্মী যণবী শেল্লম্মী। অতুগী পুণ্যনা হৌজিক ব্রাহ্মণগী মচা ওইবনি ॥ ১০৫ ॥ সর্ব্বজ্ঞনা হায় মতু ঐনা ধ্যান্দা উরম্মী। তৌবা ঙম্বা মতুমক্তবু উবদা অঙাওবা ওইখ্রে ॥ ১০৭ ॥ অতুগুম্বা মশক্তো, অসিগুম্বা নশক্তা অমত্তা ওইনা উজরি। করিগুম্বদা তোঙাম্না উবদো নংগী মায়াননি। ॥১০৭। অতুগুম্বা ওইথিবদো নংনা ওইবনি নংবু খুরুমজরি। প্রভুনা মাবু প্রেম পিবীহুনা মহৈ য়ান-হল্লে ॥১০৮। নোংমদি প্রভুনা শ্রীবিষ্ণুগী মাঙোপ্তা কমহুনা লৈ। মধু পুরকউ, লৈহি পুরকউ, কৌ-হুনা হায়রকই ॥১০৯॥ শ্রীনিত্যানন্দনা, প্রভুগী থল্লিবা পুক্লিং থংহুনা। প্রভুগী মাংদা গঙ্গাগী ঈশংনা থল্লবা পাত্র পুরক্তুনা থম্মী ॥ ১১০ ॥ ঈশিং থক্লগা শাওহুনা প্রভুনা জগোই শাখ্রে।

যমুনাকর্ষণ লীলাবু পুন্নমক্তা পিনহুনা উহল্লে ॥১১১॥ শ্রীবলদেবগুম্না তৌহুনা প্রভুনা মন্নাইকাবা মচৎ ওইরে। আচার্য্যচন্দ্র শেখরনা মাবু শ্রীবলরাম ওইনা উরে ॥১১২॥ বনমালী আচার্য্যনা স্নাগী লাঙ্গোল পান্নবা উরে। যমুনাকর্ষনদা পুক্নিং চংনা ভাওহুনা মন্নাম পুন্না জগোই শারে ॥১১৩॥ মতৌ অমুমনা প্রহর মরি চুপ্পা জগোই শারে। সন্ধ্যাগী স্নান তৌরগা পুন্নমক মন্নুমদা চৎখ্রে ॥১১৪॥ মতম অহুদা নবদ্বীপ্তা লৈবশিংদা প্রভুনা য়াথং পিবীরে। য়ুম য়ুমদা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তন তৌবা হৌখরে ॥ ১১৫ ॥ হরয়ে নমঃ, কৃষ্ণযাদবায় নমঃ। গোপাল গোবিন্দ রাম শ্রীমধুসূদন ॥১১৬॥ ঈশৈ অসি পুং, করতাল লোয়ননা খোঞ্জেল রাংনা শকলে। হরি হরি শোন-বদগী হেন্না অতোপপা তাদরে ॥১১৭॥ মত্থু তাবদা পাওনশিংমা স্নামম্না শাওরে। কাজীদা লাক্তুনা পুন্নমকমা হায়ররে ॥ ১১৮ ॥ শাওহুনা কাজীনা সন্ধ্যাদা য়ুম অমদা লাকলে। পুং খুগাল্লরগা—কীর্ত্তনীয়াশিংদা হায়রকই। ১১৯॥ অমুক কুইরবদা কনাগুম্বা হিন্দুশিংনা তৌখিদে। কনানা হায়হুনা হৌজিক অহুম্না খোরাংহুনা চৎলিবনো ॥ ১২০ ॥ কনা অমতনা শিনবা থুংনা নবদ্বীপ্তা কীর্ত্তন তৌখত্নু। ওসিদি ঐনা ভাকপিরগে য়ুমদা চৎলখে ॥ ১২১ ॥ অমুক হন্না কীর্ত্তন তৌবা মতমঅহুদা ঐনা কংজবদ্ধি। স্নাগী মরন পুন্নমক মুনগনি মাবু পাওন ওইহনগনি অসি হায়রম্লগা কাজী চৎখ্রে, নাগরিয়াগী মীশিংনা স্নামনা অরাবা ফংলে প্রভুগী মফমদা লাক্তুনা হায়জররে ॥১২৩॥ প্রভুনা য়াথং পীরে চৎলো কীর্ত্তন তৌরুরো। ঐনা ওসি পাওনশিং পুন্নমক য়াংহল্লগনি ॥১২৪॥ হন্নিরবদা মযুমদা মথোয় পুন্ন-সঙ্কীর্ত্তন তৌরে। কাজীগী অঙ্কিবনা পুক্নিং ওকলে মনিং তম্বা ওংল্লে ॥ ১২৫ ॥ মথোয় পুন্নমক্তা থমোই-দা কিমাহ প্রভুনা থমোইদা থংই। মী পুম্নমক থুনা কৌহুনা প্রভুনা হায়রকই ॥১২৬॥ ওসিদি খুন খুন খুদিং কোয়হুনা কীর্ত্তন তৌগনি। সন্ধ্যাগী মতমদা অয়াম্বা নবদ্বীপ হুপনা তৌরো ॥ ১২৭ ॥ য়ুম য়ুম খুদিংদা পুন্নমকনা সন্ধ্যাদা দেউটী থাল্লো। যেংউ কনা কাজী লাক্তুনা ঐভোন্দা থাম্বা ॥১২৮॥ অসি হায়হুনা সন্ধ্যাগী মতমদা শ্রীগৌরাঙ্গনা লেংলে। কীর্ত্তনগী দল অহুম থোকনা প্রভুনা শিন্তোকলে। ১২৯॥ অহানবা দলদা হরিদাসনা জগোই শাই। অদ্বৈতনা অনিশুবা দলগী মন্নাইদা স্নামনা হরাওনা জগোই শাই।১৩০॥ অহুমশুবা দলদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা জগোই থোল্লে। মাগা—লোয়নননা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা জগোই শাহুনা কোন্ন ॥১৩১॥ মসিবু শ্রীচৈতন্য ভাগবত্তা শ্রীবৃন্দাবন-দাসনা। প্রভুগী কৃপাগী পাঙ্গলনা শন্তোক্না লেং-থরে ॥১৩২॥ মতৌ অমুম্না কীর্ত্তন তৌহুনা নবদ্বীপ পুংনা কোররে। কোন্নরু কোয়রুরগা পুন্নমকসিনা কাজীগী হোজংদা লাকলে ॥১৩৩॥ মীয়ামনা লাও থোংই, তৌরকপা কীর্ত্তন্না নিনথরে। শ্রীগৌরাঙ্গগী পাঙ্গলা মীয়াম্না মন্নাই কাহুনা ভাওরে ॥১৩৪॥ কীর্ত্তনগী ধ্বনিদা কাজী মযুমদা লোংথরে। লাও থোংবা তাবদা মপান্দা থোক্লত্তরে ॥১৩৫॥ অকিবা থংগ্রবা মীয়ামনা কাজীগী মযুম লৈগী বন থুগাইরে ॥ মসিবু শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শন্তোকনা লেংথরে ॥১৩৬॥ মতম অতুনা শ্রীমহাপ্রভুনা মাগী হোজং খোয়া কনলে। মতিক চাবা মী থাহুনা কাজী কৌহল্লুরে। ।১৩৭॥ লাপথিৎদেগী লাক্তুনা কাজীনা কোক লোনহনা খুরুম্মী। প্রভুনা কাজীবু ইকাই খুম্মুনা কমহল্লে ॥ ১৩৮ ॥ প্রভুনা হায় ঐনা নখী অতিক ওইহুনা লাক্লগা। ঐবু উয়দা লোৎপা মসি কনি ধর্ম্মগী মতৌনো ॥১৩৯॥ কাজীনা হায় নংনা শাওনা লাকপা অহুদা। নংবু ইংথহনখে হায়হুনা লোহুনা লৈবনি ॥১৪০॥ হৌজিক নংনা হুন্দরবদা ঙাক্তুনা

তথ হি—ব্রহ্মবৈবর্ত্তবচনং।

**অশ্বমেধং গবালম্ভং সন্ন্যাসং পলপৈতৃকম্। দেবরেণ সুতোৎপত্তিং কলৌ পঞ্চ বিবর্জ্জয়েৎ ॥৭॥**

**অন্বয়ঃ**।— অশ্বমেধং—অশ্বমেধ যজ্ঞ, গবালম্ভং—গোমেধ যজ্ঞ, সন্ন্যাসং—লম্বোইবা, পলপৈতৃকম্—শা, ভানা শ্রাদ্ধ শোনবা, দেবরেণ—মন্নাগী মচিন-মনাওগা মুপী অহুগা, সুতোৎপত্তিং—মচা পোক্কবা, পঞ্চ—হায়রিবা মঙাসি, কলৌ—কলিদা, বিবর্জ্জয়েৎ— হুঞ্জেক্ককনি, তৌফরোই। ইতি ॥৭॥

ত্তিল্লবিবসিনি। ঐগী লাইবক ফবনা অসিগুম্বা নংবু অতিথি ওইনা ফংজরিবনি ॥১৪১॥ গ্রামগী সম্বন্ধনা নবুধো চক্রবর্ত্তীদা ঐগী ইতোন ওই। হকচাংগী মরীদগী থুনগী মরীনা হেন্না চেংলি ॥১৪২॥ শ্রীনী-লাম্বরচক্রবর্ত্তীনা নংগী নবুধোনি। অহুগী মবীনা নংনা ঐগী ইমাক ওইরে ॥১৪৩॥ মমাককী অশাও-বদি মামানা লেপনা থাংবনি। মাতুলগী অপরাধবু মমাক্না লৌবাইদবনি ॥১৪৪॥ মতৌ অসুমনা ২গী মপান অহুম ওইবা য়াডাংদো। মমুংগী অর্থ কনানা খংবদা ডমদ্রে ॥১৪৫॥ প্রভুনা হায় য়া হংগে হায়না নংগী নফমদা লাকপনি। কাজীনা হায় অহুম্না নংগী নিংবদো য়াথং তৌরো ॥ ১৪৬ ॥ প্রভুনা হায় শাঙ্গাম চাবনা যণবীনা নথোয়গী নমানি। যণ লাবনা চিঞ্জাকপু পোকহল্লে অহুনা মানা নপানি ১৪৭॥ নমা নপা হাত্তুনা চাবা মসি করি ধর্ম্মনো। কনানা তৌ হায়হুনা নংনা অসিগুম্বা পাপকী থবক তৌরিবা ॥১৪৮॥ কাজীনা হায় নথোয়গী বেদনা, পুরান্না তৌবগুম্না। ঐথোয়গী কেতাব কোরান লাইরিকশিংনা অহুগুম্না ।১৪৯॥ নিবৃত্তি প্রবৃত্তি লম্বী অনিসি লাইরিক্তা হায়রি। নিবৃত্তি মার্গনা জীববু হাৎযদে, য়াহনফদে হায়রি ॥১৫০॥ প্রবৃত্তি মার্গনা হাংকদবনি হায়না য়ায়েল্লি। লাইরিকী য়াথংনা হাংপদা শাস্ত্র কিবা লৈতে ॥১৫১॥ নথোয়গী যণ হাৎপগী য়াথং লৈ। মরম অহুনা অচৌ অচৌবা মুনিশিংনা যণ হাংলি ॥১৫২॥ প্রভুনা হায় বেদনা যণ হাৎপা য়াদে হায়রি। মরমহুনা হিন্দুশিংনা যণ হাৎপা তৌদে ॥১৫৩॥ মতমহুদা হিংহলবা ডমলবদি জীববু হাংকনি। বেদনা পুরান্না অসুম য়াথং পীহুনা লৈরিবনি ॥ ১৫৪ ॥ মরম অহুনা যণ হন্নুববু মুনিশিংনা হাৎপনি। বেদ মন্ত্রনা থুনা মহাকপু হিংকৎহল্লি ॥১৫৫॥ হন্নবা যন্না অমুক হন্না নহা ওইহনবনি। মরম অহুনা হাৎপা নত্তে মাত্রু ফনবা ভেংবাংবনি ॥১৫৬॥ কলিদা অহুমনা ব্রাহ্মণ্না হিংহনবা ডমজ্রবনিনা। মরম অহুদগী হৌজিক্তি কনানা হাৎপা তৌদরে ॥১৫৭॥

**অনুবাদঃ**।— অশ্বমেধ যজ্ঞ, গোমেধ যজ্ঞ লম্বোইবা, শা, ভানা শ্রাদ্ধ শোনবা মন্নাগী মচিন-মনাওগা মচাপোক্কবা হায়রিবা মঙাসি কলিযুগতা তৌকরোই ইতি ।৭॥

পাণ্ডন নথোয়না হিংহনবদি ডমদে, লেপনা হাৎপ-ত্তনি। পাণ্ডন নথোয়না নরকনী লাল্লরোইদবনি ॥১৫৮॥ হাংলিম্বা যণগী অয়াম্বা মতুগী মশিং লাক্তা চহি লিশিং লিশিং চুপনা। যণ হাৎপা মীদো—রোবব কৌবা নরক্তা ভত্তনা তাহুনা লৈগনি ॥১৫৯ নথোয় পুম্নমকী লাইরিকী য়ায়েম্নবশিংনা লাইরিক্তা ডকলে। অরেপপা লাইরিককী মরোন থংদনা মথোয়না অহুম্না য়াথং পীরে ।।১৬০॥ ভাবদা ডক-থরে কাজী য়া ডাংবা থোকখিদরে। খস্নুরগা ঐ মায়থিরে হায়না য়ায়হুনা প্রভুদা হায়রকই ॥১৬১॥ নিমাগ্রি পণ্ডীতনা হায়রিবা— পুম্নক্তো অহুম্না ডাক্তনি। ঐথোয়গী লাইরিক্তা অসোযশিংনা মরোম লেপপা হৈয়রে ॥ ১৬২ ॥ ঐথোয়গী লাইরিক্তা

শেমগৎপনি ঐনা পুম্নমক থংলে। ওইত্নমকপু অাতিগী চৎনবনা, লাইরিক্তা শেমগৎপা মরোনসি য়ারে॥১৬৩॥ মহৌশানা পাওনশিংগী লাইরিকতা অকবদা লেপ্লে খুম্মী। শ্রীমহাপ্রভুনা নোকতুনা কাজীদা অমুক হন্না হংলকই॥ ১৬৪ ॥ হে মামা নং মতাও! অতোপপা অমা হংগে। অওইবা খুম্মু মিনম্বনা ঐবু নম্মৎকনু॥ ১৬৫ ॥ নখোয়গী দেশদা ভত্তুনা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরি। পুং, করতাল লোযননা জগোই শাত্নুনা সঙ্কীর্ত্তন্না নিন-থোংই॥১৬৬॥ কাজী নংনা হিন্দু ধর্ম্মগী থুগায়বগী মক্নোকনি। হৌজিক মহুবু নংনা থিংত্রিবনা করিগীনো থংবা ভমদরে॥১৬৭॥ কাজীনা হায় অয়াম্বনা নংবু গৌরহরি হায়নৈ। অত্নুগুম্বা মিংদো ঐনা নংবু চংথোন্না কৌ-জগে॥১৬৮॥ হে গৌরহরি! তারো, হংলিবা অত্নুগী মরমদো, মহুদি। মতম অত্নুদা অচিকপা কংবা মতমদা হায়জগে॥১৬৯॥ প্রভুনা হায় মীয়াম অসি ঐগী মমুংচনবা ভাক্তুনি। নংনা ফোংতোক্না হায়যু করিমু কিরুগমু॥ ১৭০ ॥ কাজীনা হায় মতম অত্নুদা ঐনা হিন্দুশিংগী ময়ুমদা চত্নুনা সঙ্কীর্ত্তনবু থিংলুবা, পুং মুনত্নুনা থুগাইবা মুমিংকী।১৭১। অহিং অত্নুদা য়ামনা অকিবগী মশক নোংশা অমনা। মশানা মী, মকোক্না নোংশানি য়াম্না কন্না ভংত্নুনা॥১৭২॥ তুমলিবা ঐগী ইথক্তা চোংখত্নুনা কম্নগা। থেক্না থেক্না নোকই, মথা ক্রক ক্রক মমানা চিকই॥১৭৩॥ ঐগী পুক্তা খুজিন্না য়ৈশিনত্নুনা, ফুইরবা অরনা হায়। পুমাই ফুকপা নংগী নথবাকসি ফুক-কাইরগে॥ ১৭৪ ॥ ঐগী সঙ্কীর্ত্তন থিংবা নংগী নথবাই মাংহনগে। হায়রবদা য়ামনা কিবা ফংত্নুনা ঐনা নিক্তুনা মিং উইশিন্দুনা লৈরে॥ ১৭৫ ॥ অকিবত্নু উত্নুনা নোংশানা মুংশিবিত্নুনা হায়রকই। ফুবু থংহনগে হায়ত্নুনা নংবু মাইথিহনবনি॥১৭৬॥ মুহিং অত্নুদা নংনা য়ামনা কত্তবা ওইনা তৌরমদে। মরম অত্নুনা ভাকপিরগে নংবু হাংলরোই॥১৭৭॥ মতমত্নুদা অমুক হন্না, অত্নুম্না তৌবা মতম অত্নুদা ভাকলরোই। নংগী শাগৈ পান্নে পুম্নমক হাক্নুনা মাংহনগনি।১৭৮। অসি হায়ত্নুনা ঐবু কিহল্লগা নোশাত্নু চৎথরে। ঐগী থমোইদা লৈরিবা খুজিনগী মফম লৈবসি যেংউ।১৭৯। অসি হায়ত্নুনা কাজীনা মাগী থবাক উৎলকই। উবে তাম্নু তাবে অত্নুদা অয়াম্বা মীশিংনা ভকথরে॥ ১৮০ ॥ কাজীনা হায় মসি ঐনা কনাদা হায়দোক্তে। অমনা অত্নুগুম্ব ঐগী খোংমী অমা লাকই।১৮১। লাক্লিবত্নুনা হায় সঙ্কীর্ত্তন থিংগে হায়ত্নুনা ঐনা চংলুই। থংহৌদন মৈবুন অমনা ঐগী মাইদা চাক্লবে॥ ১৮২। কোই পুম্নমক চাকলে মাইম্নু পোক্তুনা পোমলে। অত্নুম খোংমীনা মরম অসিবু হায়বম্লগা চৎথবে।১৮৩ মানা হায়বত্নু উবা, তাবদা ঐনা য়ামনা অকিব কংলে। কীর্ত্তনবু থিংভুদরে মুমদা কমত্নুনা লৈ থোকলে॥ ১৮৪ ॥ মতমত্নুদা নবদ্বীপ্তা মনিংতা কীর্ত্তন তৌরকলে। তাবদা অয়াম্বা পাওনশিং লাক্তুনা মরোল হায়ররে।১৮৫। নবদ্বীপ্তা হি ধর্ম্মনা চাওথৎলকলে। হরি হরি শোনবা নিন নত্তুনা অমা তাদরে।১৮৬। হায়রিভৈদা পাও অমনা হায়— হিন্দুশিংনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোহি নোকই, কপই, জগোই শাই, ঈশৈ শকই উমু থরো থরো ওল্লি॥ ১৮৭। হরি, হরি, শোনত্নু হিন্দুশিংনা লাও থোংই। পাংসা নিংথৌবা তার নংগী অরাবা কল কংগনি। হায়রম্লগা পাওনত্নু কৃষ্ণ, কৃষ্ণ শোনথরে॥ ১৮৮ ॥ মতম অত্নুদা পা অত্নুদা ঐনম্নু হংলে। হিন্দুশিংনা হরি শোনব মখোয়গী মহৌশানি থংই॥১৮৯॥ নংনা পা ওইরগা করিগীম্নো অতংপা লৈতনা। হিন্দুশি মবুংভো শ্রীকৃষ্ণগী নাম্নু করিগী শোল্লিবা॥ ১৯০ মেচ্ছনা হায় হিন্দুশিংদা ঐনা কৃষ্ণ শমনুনা নোই

কনানা কৃষ্ণগী মনাই, কনানা রামগী মনাইনি ॥১৯১। কনানা হরিগী মনাইনি, হরি হরি শোল্লি। থংলে কনাগী মযুমদা লনবু হুসি হাযরিবনি ॥১৯২॥ মসি হায়রুবদগী ঐগী লৈয়েংনা হরি হরি শোনখবে। নিংবা লৈতে অত্থবু শোল্লে কবি উপায় তৌনি ॥১৯৩॥ অতোপ্পা পাওন অমনা হায়, তাও। ঐনা মতৌ অত্থমনা। হিন্দুশিংবু নোক্ররুবা অত্থগুম্বা মুন্নিং অত্থদগী ১৯৪। লৈয়েংদা কৃষ্ণগী নাম লৈখবে হুপ্পেক্কে নিংদরে। হিন্দুশিংনা শোল্লিবা কৃষ্ণনাম অসি করি মন্ত্র ঔষধিনো থংব্রে ॥১৯৫॥ মত্থু তাববদা মখোয় পুন্নমকপু মযুমদা থাখরে। মতম অত্থদা পাষণ্ডীশিং মডা তরেৎ অমুক লাকলে ॥ ১৯৬ ॥ লাক্লিবত্থনা হায় নিমাঞ্রিনা হিন্দু ধর্ম্ম থুগাইত্থনা। অত্থগুম্বা কীর্ত্তনবু হৌদোকলি, মসি কবিগুম্বদা তাবা লৈতে ॥ ১৯৭ ॥ মঙ্গল চণ্ডী বিষহরি হায়না শোন্দুনা তুম্বা হিপপা লৈতনা। মত্থুতদা পুং, জগোই ঈশৈ, পুন্নমক্লা মতীক চানা দেবী নিংলিবনি ॥১৯৮॥ অহানবদা ফনা লৈরম্মী, অসিগুম্ব নিমাঞ্রি পণ্ডিত অসিনা। গয়া চৎলুবা হল্লকপদগী ওন্ননা চৎখরে ॥১৯৯॥ রাংনা কৃষ্ণ শোল্লি খুবাক খুত্থনা ঈশৈ শক্লক্লে। পুং, করতালগী খোঞ্জেম্না নাকোং য়ৈশিন-খরে ॥২০০॥ শকই শোল্লিবসি করি চাত্থনা ময়াই কায়বনো থংব্রে। নোকই, কপই, তুই, হৌগৎলি খরো খরো লৈবাক্তা ওল্লি ॥২০১॥ তত্তনা সঙ্কীর্ত্তন তৌত্থনা নবদ্বীপকী মীয়াম ডাওখরে। অহিংদা তুম্বা লৈখিব্রে মীশেন খাংত্থনা লৈখরে ॥২০২॥ হৌজিক নিমাঞ্রি কৌব্রে গৌরহরি কৌনখরে। হিন্দু ধর্ম্মবু মাংহল্লে, ধর্ম্মগী অপনবা মচৎ চৎখরে ॥২০৩॥ অরেপপা খংদবা অতোনবা ওইত্থনা কৃষ্ণগী কীর্ত্তনবু তৌরি। অসিগুম্বা পাপনা নবদ্বীপ অসি মাঙবা তাখল্লে ॥২০৪॥ হিন্দুগী লাইরিক্তা ঈশ্বরগী নামবু গ্রন্থ মন্ত্রনি থংই। অয়াম্বা মীশিংনা তারবদি মন্ত্রগী মতিক মাংবা ওই ॥ ২০৫ ॥ নংনা নবদ্বীপকী মপুনি মী পুন্নমকসি নংগী ডাক্তনি। নিমাঞ্রিবু কৌরগা মডোন্দা তৌগম্মু থাম্মু ॥২০৬॥ মতম অত্থদা ঐনা মুংশিবা য়াহৈনা ময়ামদা হায়। পুন্নমক যুমদা চৎলো, ঐনা মডোন্দা থামলগে থাখি ॥২০৭॥ হিন্দুশিংগী মবুংডো অচৌবা অত্থগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ-কৌবা। মদো নংনি ঐগী পুকনিংনা অত্থমনা নিংজে ॥২০৮॥ অত্থ তারবদা মহাপ্রভুনা নোক্লা ২ কাজী-দা শোক্তুনা খজিক্তুং হায়রকই ॥ ২০৯ ॥ নংগী চিন্দা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লিবদো মসি য়ামনা ডকই। নংগী পাপ কোকলে য়ামনা অশেংবা ওইরে ॥২১০। হরি, কৃষ্ণ নারায়ণ নাম অত্থমসি শোল্লে। যায়া লাইবক ফরে, নং য়ামনা পুণ্য চেল্লে ॥ ২১১ ॥ হায়বসি তারবদা কাজীগী মিৎ অনিদা মপী তারে। প্রভুগী চরণ কোন্দুনা মুংশিনা হায়জরকলে ॥২১২ নংগী থৌজালনা ঐগী পুক ফত্তবা কোকহল্লে। অসুমনা কৃপা তৌবিয়ু অত্থগুম্বা নডোন্দা ভক্তি লৈ-হনবিয়ু ॥২১৩॥ প্রভুনা হায় নডোন্দা দান অমত্তা নিগে। নদীয়াদা সঙ্কীর্ত্তনবু অত্থমনা থিংবা তৌ-গনু ॥২১৪॥ কাজীনা হায় ঐগী শাগৈদা অয়ামবা পোক্লকপা মথৈনা। কীর্ত্তনবু থিংদবগী য়াশক চেদা ইত্থনা প্রভুদা কৎলে ॥২১৫। তারবদা প্রভুনা হরি শোন্দুনা শ্রীগৌরাঙ্গনা লেংখৎলে। হরি ২ শোন্দুনা অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংনা হৌগৎলক্লে ॥২১৬॥ কৃষ্ণ কীর্ত্তন তৌত্থনা প্রভুনা ময়ামগা লেংলকলে। কাজীগী পুক্লিং হরাওনা প্রভুগা লোয়ননা থৌ-গল্লকলে ॥২১৭॥ শ্রীশচীগী মচানা কাজীদা লৈছো-রো বিদায় পীরে। অত্থদগী জগোই শানা শানা মন্দিরদা শ্রীগৌরাঙ্গনা লেংলকলে ॥ ২১৮ ॥ মতৌ অসুমনা কাজীদা প্রভুনা থৌজানবীরে। মসিবু অত্থগুম্বা মীত্থনা তারবা মীত্থগী অপরাধ কোকমি ॥২১৯॥ নোংমদি শ্রীবাসকী মন্দিরদা শ্রীগৌরাঙ্গ

গোসাঞিনা। শ্রীনিত্যানন্দগা লোয়ননা মচিন-মনাও অনি জগোই শাই॥ ২২০ ॥ মতমতুদা শ্রী-বাসকী মচা অমা মতুদা শিরে। অতুম ওইনমকপু শ্রীবাসকী পুক্তা মুংনাংবা পোক্তে ॥২২১॥ অশিবা মচাগী চিন্দনা অরেপ্পা মশক তাকপা য়া হাযরম্মী। শ্রীগৌর-নিত্যাই মচিন মনাও ইবুংঙো অনিনা শ্রীবাসগী মচানি ॥২২২॥ অতুগী মতুংদা প্রভুনা — অয়াম্বা ভক্তশিংদা বর পীবিরে। প্রভুনা নারায়ণগী মফমদা লুনা ভোবিতুনা প্রসাদী পীবিতুনা চাহল্লি ॥২২৩॥ শ্রীবাসগী ফি তুবা (দর্জী) যবন অমা লৈ। প্রভুনা মঙোন্দা, প্রভুগী মশকপু উহল্লি ॥ ২২৪ ॥ দর্জীনা উবে উরে হায়তুনা ডাওবা ওইখরে। অথোয়বা বৈষ্ণব ওইরে প্রেম্না জগোই শারে ॥২২৫। ব্রজভাবতা চংতুনা শ্রীবাসদা প্রভুনা মুরলী পীয়ু হায়। শ্রীবাসনা খুম্মী গোপীশিংনা বংশী হুতুনা পুখরে ॥২২৬।। তাবদা প্রভুনা হায়য়ু হায়য়ু, হায় মথঙ্গা পুকনিং চংতুনা। শ্রীবাসনা শ্রীবৃন্দাবনগী লীলা সুবু শিংথারকই ।।২২৭।। অহানবদা বৃন্দাবনগী মীপুক হুববু শিংথাই। তারবদা প্রভুগী পুক্রিংদা মুংঙাইবা হেনগৎলে ।।২২৮।। মতম অতুদা হায়য়ু ২ প্রভুনা হয়া হয়া হায়রকই। হয়া হয়া শ্রীবাসনা শস্তোক্পা হায়রকই ॥২২৯॥ বংশী খোংতুনা গোপী-শিংবু বন্দা কৌতুনা। মথোয়শিংগা লোয়মনা বন্দা রাস শাম্মে ॥২৩০॥ মতুগী মমুংদা ঋতু তরুকী লীলাবু শিংথারি। মধুপান, হয়াওবা বাস, জল-কেলিবু, হাযরী। ২৩১ ॥ তাবদা, মুংঙাইনা হায়য়ু হায়য়ু প্রভুনা হায়। মতম অতুদা শ্রীবাসনা রসগী রাস শামববু হায় ॥২৩২॥ হায়বদা, তাবদা অমুমা লোং ডাক্লে। শ্রীবাসদা প্রভুনা পেনতুনা কোমবীগ্রে ॥২৩৩॥ অতুগী মতুংদা চন্দ্রশেখরআচার্য্যগী য়ুমদা রুক্মিণী লীলা তৌই। প্রভু মশানা শ্রীরুক্মিনীগী মওংবুনু শাই ।।২৩৪॥ করিগুমবদা দুর্গা, করিগুমবদা লক্ষ্মীগী চিঙ্ছক্তিনা ওইবশিংসি ওই। শ্রীবিষ্ণুগী আসন্দা ফমতুনা ভক্তশিংদো প্রেম ভক্তি পীবি ॥২৩৫॥ নোংমদি শ্রীমহাপ্রভুগী জগোই লোইরক-পদা। ব্রাহ্মণী অমা লাক্তুনা প্রভুগী চরন্দা কোল-লরে ।।২৩৬।। মানা চবণগী ধুলীবু হয়া ২ লোগ্রে। উরবদা প্রভুগী ডমথৈ নৈতনা য়াবা ওইরে ॥২৩৭॥ খুদক অতুদা প্রভুনা চেন্দুনা গঙ্গাদা চোংথখবে। হরিদাস শ্রীনিত্যানন্দনা কোন্দুনা লৌথংলে।২৩৮ অতুগী অহিংদো বিজয় আচার্য্যগী য়ুমদা লৈরে। নোং ডাল্লবদা অয়াম্বা ভক্তশিংনা প্রভুবু মন্দিরদা পুতুনা লাকলে।২৩৯। নোংমদি গোপীগী পুকচেন্দা য়ুমদা ফমতুনা লৈরগা। গোপী গোপী হায়ব-নামসি হায়বতুনা প্রভুনা শোল্লি। ২৪০। পঢ়ুয়া অমনা লাক্তুনা প্রভুবু য়েংতুনা। গোপী, গোপী, হায়বা মিংসি শোনবা তাবদা হায়রকই॥ ২৪১ ॥ কৃষ্ণগী নামদি অতাংবনি করিগী কৃষ্ণগী নাম্বু শোন-গ্রিবা। অমদি গোপী শোনবদা করম্বা পুণ্য—ফংবগে।২৪২॥ তারবদা প্রভুনা শাওতুনা শ্রীকৃষ্ণদা দোষ হাপলগা। পঢ়ুয়াবু য়ৈগে হায়তুনা প্রভুনা চৈ পায়তুনা হোগৎলকলে। ২৪৩। কিতুনা পঢ়ুয়া চেনখ্রে তুংইন্না প্রভুনা তান্নরকই। তকুপ তয়াংনা ভক্তশিংনা প্রভুবু ফাররে।২৪৪। থেমজিন্দুনা প্রভুবু নীজমন্দিরদা পুরকলে। পঢ়ুয়ানা চেনখিতুনা পঢ়ুয়াগী সভাদা থুংলরে।২৪৫। মফম অতুদা পুন্না পঢ়ুয়া লিশিং লিশিং লাইরিক তমতুনা লৈবা। মফমতুদা চত্তুনা ব্রাহ্মণা প্রভুগী বারম হায়রে ২৪৬। তাবদা অয়াম্বা পঢ়ুয়াগী মরুপশিংনা শাওরে। মতমতুদা ময়াম পুন্না প্রভুবু অকায়বা তৌই চৈরে।২৪৭। দেশ পুমনমক নিমাঞি মতোমতুনা মাং-হল্লে। ব্রাহ্মণবু য়ৈগে তৌরে ধর্ম্মবু কিদরে।২৪৮ অমুমা অমুক হয়া তৌরকপা মতমদা মাবু য়ৈগনি। ১দি কনানো,' মা মীনি, কম্নি তৌবা ভমগদগে ॥২৪৯

পুম্নমকনা বুদ্ধি মাংহনা প্রভুগী অকায়বা চাংউ-বনি। চংখোল্লা তম্বা মহৈদো কনানা ফোংতোক-তরে ॥২৫০॥ অহুম্না নাপন্না পঢ়ুযাশিংনা প্রভুবু খুরুমদে। মখোয়না মক্ম মক্ম খুদিংদা প্রভুগী অকায়বদা নোকনৈ ॥২৫১॥ অখংবা প্রভুনা মখোয় পুম্নমক্কী মাওংগদবদো খংই। প্রভুনা যুমদা ফম-হুনা মখোয় পুম্নমক্কী লানবীনবা খল্লি ॥ ২৫২ ॥ অয়াম্বা ওঝাশিং অমদি মখোয়গী শিষ্যশিংনা ॥ ধর্ম্ম তৌবা, তপ তৌবা, কর্ম্ম তৌবা, নোরুবা — অকাযবা ফত্তবা মী। ২৫৩॥ অসিগুম্বা মযাম্না ঐগী অকাযবা অপবাধতা তৌবদগী। ঐনা লোইহন্দ্রবদা ভক্তিশিংবু মখোযনা লৌবা ওম্লবোই ॥ ২৫৪ ॥ লানবিগনি লাবুলগা ঐনা ওন্ন তৈনহনম্বা ওইরে। অস্নুক য়াম্বা ফত্তবশিংগী করম তৌবগা অফবা ওই-হনসিগে ॥২৫৫॥ ঐডোন্দা খুকমজরবদা মখোয়গী পাপ কোক্কনি। মতম অহুদা অহুগুম্বা মখোয়দা ভক্তিবু লোইহনবদা লৌগনি ॥৫৬॥ ঐডোন্দা অকায়-বা তৌই, মখোয়না ঐবু খুরুমদে। অসিগুম্বা অযাম্বা জীবশিংগী লেপনা লানবীবগে ॥২৫৭॥ মবম অহুগীদমক শোম্নদনা ঐনা সন্ন্যাস তৌরগে। সন্ন্যাসনি খল্দুনা ঐডোন্দা খুকুম্মরবনি॥ ২৫৮ ॥ খুরুম্মরবা মখোয়শিংগী অপরাধ কোক্কনি। থমোই লুরবদা ভক্তিনা খোকুলকুলগনি ॥২৫৯॥ অসিগুম্বা অয়াম্বা পাষণ্ডীশিং মতম অহুদা লানুলগনি, সন্ন্যাস তৌরগে। করিগুম্বা অতোপপা উপায় লৈতে অসিগুম্বা সন্ন্যাস তৌবনা অরেপ্পনি।২৬০॥ জীব-শিংগী লানবীনবগীবমক্তা সন্ন্যাস তৌরগে চেৎনা লেপ্তুনা যুমদা প্রভুনা লৈখরে। কেশবভারতীনা নদীয়া নগরদা লাকলে ॥২৬১॥ প্রভুনা মাবু খু-রুমহুনা নিমন্ত্রণ কংলে। প্রসাদী ফংহল্লগা মডোন্দা প্রভুনা হায়জে ॥২৬২॥ নংমক্তনা সংসংনা ঈশ্বর শ্রীনারায়ণগুম্বনি। থৌজানবীহুনা ঐবু সংসারদগী লানবীয়ু সন্ন্যাস মন্ত্র পীবিয়ু ॥২৬৩॥ ভারতীনা হায়—অন্তর্যামী ঈশ্বর ওইবা নংনা। মহুবু তৌ-হনবা, মহু তৌগনি ঐনা ইনিং তমজদে ॥ ২৬৪ ॥ অসি হায়নহুনা ভারতী কটোয়াদা চৎখরে। মহা-প্রভুনা কটোযাদা চত্তুনা সন্ন্যাস তৌখি ॥২৬৫॥ লোয়ননা, শ্রীনিত্যানন্দ, চন্দ্রশেখরআচার্য্য, কৌবনে মুকুন্দদত্তনে অহুম অসিনা প্রভুটী সন্ন্যাস-বৈরাজ্ঞগী অযাম্বা থবক তৌখি ॥২৬৬॥ (বৈবাজ্ঞগী মন্ত্রদি— শ্রীগুরুগী কৃপাদগী সখী মঞ্জরীদা অহুদগী শ্রীরাধি-কাদা চংজবগা পেনবীনবা শ্রীকৃষ্ণনা থরাই হকচাং আত্মা কহুনা, থৌগনুনবা হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র, গায়ত্রী অহুমনা পুল্লবা মশকপুনি। অসি ফংখি। ফিজেত্তি ডোর, কৌপীন, বহিবাস, ছত্র, দণ্ড, কমণ্ডলু, ঝুলী, ভিক্ষা নিপানসিনি। পুম্নমকসি প্রভুনা লৌখি। থৌরাংসি অহুমনা তৌখি। অসিবু " রাগনগা ভক্তি " কৌই। জগতস্মু প্রভুনা তম্বী। শ্রীকেশবভারতীনা প্রভুগী বৈরাজ্ঞগী গুরুনি) হায়-বিবা অসি আদি লীলাগী সূত্রবু শিংথারবনি। চৈ-তন্য ভাগবত্তা মসিবু বৃন্দাবনদাসনা শত্তোকনা লেংখরে ॥২৬৭॥ যশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা শচীগী মচা শ্রীগৌরাঙ্গ ওইহুনা। দাস্য, সখ্য, বাসল্য, মধুর, ভক্ত মখল মরিগী রসবু চারি ॥২৬৮॥ শ্রী-কৃষ্ণগী মীপুকহুবা রসবু চাম্নি, শ্রীরাধাগী প্রেম রসবু চাগে হায়বগীদমক। অফবা মতৌ ওইবী বাধাগী পুকচেন মশকপু কৃষ্ণনা লৌররিবা ॥২৬৯॥ শ্রীমহাপ্রভুনা বাধা-ভাবপু পুহুনা মহুতনা লেপনা বসবু চাবি। ব্রজরাজনন্দন শ্রীকৃষ্ণদা অরেপপানি ঐগী থরাইগী মপুনি নিংই ॥ ২৭০ ॥ শ্রীরাধানা চেনবা পুকচেনগী অরেপ্পা অচেৎপা মসিনি। শ্রীব্রজ রাজনন্দন শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপ্পদা রাধানা নিংদে ॥২৭১॥ কুচু শংবানবা ফজবা ম্রাহোংমতু চুড়া, গুঞ্জা পরেং থোর্মবা। গোপাগী ফিজেৎ শেৎপা মবেক ও

তথাহি—ললিতামাধবে ৬ষ্ঠ অং ১৪ শ্লোকঃ —

**গোপীনাং পশুপেন্দ্রনন্দনজুষো ভাবস্য কস্তাং কৃতী বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহপদবীসঞ্চারিণঃ প্রক্রিয়াং।**
**আবিষ্কুর্ব্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন্ ভুজৈর্জিষ্ণুভির্যাসাং হন্ত চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয়ঃ কুঞ্চতি ॥ ৮ ॥**

**অন্বয়ঃ** ।— দুরূহপদবীসঞ্চারিণঃ—খল্লুবদ, ফংবা ডমত্রবা মফমদা চংখববা, পশুপেন্দ্রনন্দনজুষঃ—শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী থৌগনবা, গোপীনাং—গোপীশিংগী, ভাবস্য—মুংশিবগী পুকচেনগী, তাং—শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবী অহুগুম্বী, প্রক্রিয়াম্—অবেপ্পা মশকপু, বিজ্ঞাতুং—খংননবগীদমক্তা, কঃকৃতী— অথংবা পণ্ডিত কনানা, ক্ষমতে—ডমগবা, হন্ত—অডকপনি, জিষ্ণুভিঃ—ডমজববা, চতুর্ভিভুজৈঃ—পাম্বোম ৪তনা, অদ্ভুতরুচিং—ডক্না নিংথিরবা, বৈষ্ণবীং তনুং—শ্রীবিষ্ণু মুর্ত্তিবু, আবিস্কর্ব্বতি—ফোংনা ওইরবদা, তস্মিন্—অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা, অপি—অমসুং, যাসাং— গোপীশিংগী, রাগউদয়— অপাম্বা মুংশিবা ওইগদবনা, কুঞ্চতি—চংদতুনা হঞ্জল্লি। ইতি ॥৮॥

থোয়বা মুরলী থোংবা ।। ২৭২। মতুবু থাদোক্তুনা অতোপপা মশক ওইবা মতমদা। মহাকৃকী মনাক্তা শ্রীরাধাগী মুংশিবা পুকচেন্না চংদে ॥২৭৩॥

**অনুবাদঃ** ।— খল্লুবদা ফংবা ডমত্রবা মফমদা চংখরবা, শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী থৌগনবা গোপীশিংগী মুংশিবা পুকচেনগী অহুগুম্বী শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবী ওইবী অরেপপা মশকপু খংননবগীদমক্তা অথংবা পণ্ডিত কনানা খংবা ডমগবা। ডমলোই। অডকপনি ডমজরবা পাম্বোম মরিনা ডকনা নিংথিরবা শ্রীবিষ্ণু মুর্ত্তিবু ফোংনা ওইরবদা, অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা অমসুং গোপীশিংগী অপাম্বা মুংশিবা ওইগদবা পুকচেন্না চংদতুনা হঞ্জল্লি। ইতি ॥৮॥

গোবর্দ্ধনগী রাসোলিদা বসন্তদা শ্রীকৃষ্ণনা বসন্তরাস শান্নে। রসগীদমক্তা রাধাদা থংহল্লম্লগা—শ্রীকৃষ্ণ মাংখ্রে ।। ২৭৪ ॥ পৈথি কৌবা অচিকপা নিকুঞ্জদা ফমতুনা কৃষ্ণনা রাধাগী লম্বী য়েংই। মতুদা গোপীগী মপৈনা কৃষ্ণ থিরকপনা লাক্তুনা থুংলরে ॥২৭৫॥ লাম্নীতৈরেগী কৃষ্ণদা য়েংতুনা গোপীশিংনা হায়রকই। মসি য়েংউ কুঞ্জগী মতুংদা শ্রীব্রজরাজনন্দন শ্রীকৃষ্ণ লৈরে ॥২৭৬॥ গোপীশিংবু উববদা শ্রীকৃষ্ণগী মিপাইবা ওইথরে। লোৎপা ডমত্রে—কিবনা জ্ঞান তাখিদরে ॥২৭৭॥ পাম্বোম মরি পানবা মশক ওইতুনা ফমতুনা লৈরে। নক্না চংশিল্লক্লগা কৃষ্ণ য়েংতুনা গোপীশিংনা হায় ।। ২৭৮॥ মসি কৃষ্ণ নত্তেনা মসি নারায়ণগী মশকনি। অহি হায়রতুনা মডোন্দা পুম্নমকনা খুরুমতুনা হায়রজে ॥ ২৭৯ ॥ খুরুমজরি হে নারায়ণ দেব। ঐথোয়বু থৌজানবীয়ু। শ্রীকৃষ্ণগা ফংনহনবীয়ু ঐথোয়গী অরাবা ককথৎতুনা কোকহল্লু ॥২৮০॥ অসি হায়রতুনা গোপীশিংনা চংশিন্দুনা খুরুম্মী। মতম অদুদা রাধানা লাকতুনা উহল্লবে॥ ৮১॥ শ্রীরাধা উবদা শ্রীকৃষ্ণনা মাডোন্দা নোক্লগে হায়রতুনা। অহুগুম্বা পাম্বোম মরি পানবা মশক থমগে নিংই ॥২৮২॥ অদুবু শ্রীরাধাগী মমাংদা পাম্বোম অনি লোৎখরে। শ্রীকৃষ্ণনা য়ামনা চেকশিন্না থম্নবা হোৎনবদা থখা ডমত্রে ॥ ২৮৩ ॥ অদুনা শ্রীরাধাগী অশেংবা প্রেমগী ফংডমদবা মতিক্কি। মহোশাগী পাম্বোম পাম্নবা শ্রীকৃষ্ণদা পেনবিনবা শ্রীরাধানা অদুম্না মুংশিজবনি ॥ ২৮৪ ॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে পঞ্চমলহর্য্যাম্ । ৫১

**অচিন্ত্যাঃ খলু যে ভবা ন তাংস্তর্কেণ যোজয়েৎ। প্রকৃতিভ্যঃ পরং যচ্চ তদচিন্ত্যস্য লক্ষণম্ ॥১০॥**

**অন্বয়ঃ** —যে— অদুগুম্বা, ভাবাঃ— ভাবশিং, অচিন্ত্যাঃ— অচিন্ত্য ওইবা, খলু— লেপনা, তান্— মখোযবু, তর্কেন—তর্কনা, নযোজয়েৎ—যুক্তি তৌফদে, যৎ চ— মানম্, প্রকৃতিভ্যঃ—মাযা প্রকৃতিদগী, পরং—থোইদোক্লবা, তৎ—মদুনা, অচিন্ত্যস্য—অচিন্তগী, লক্ষনম্—লক্ষননি, অচিন্ত কৌই। ইতি ॥১০॥

থংফদ্রবনি অদুবু মাগী থোজান্না অরেপপা মশক থংনরি ॥২৯৫॥ শ্রীচৈতন্যগী মশক্তা চিংনদুনা কনানা তর্ক তৌগনু চিংনগনু। শ্রীকৃষ্ণগী অচিন্তশক্তিনা অসিগুম্বা মশকসি ওইরি ॥ ২৯৬ ॥ শ্রীচৈতন্যগী মশকস্ লীলাস্ অঙকপা অচিন্ত ঙাক্তনি। শ্রীচৈতন্যগী পুকচেন অঙকপনি গুণস্ ব্যবহারস্ অঙকপনি ॥২৯৭॥ মসিদা য়াদদুনা তর্ক তৌরিবা মীদো মপুক ফত্তবনি। কুম্ভিপাক নরক্তা তাগনি মীদুগী অরান্বা খুবম ফংলরোই ॥২৯৮॥

**অনুবাদঃ** —অদুগুম্বা মশক পুকচেম্নচিংবশিংনা অচিন্ত ওইবা লেপনা মথোয়বু তর্কনা অম্না য়াদবা থনফদে। মানস্ মায়া প্রকৃতিদগী থোইদোকই, মায়াদগী তোপ্লবা মদুনা অচিন্তগী লক্ষন্নি, অচিন্ত কৌই। ইতি ॥১০॥

অঙকপা অচিন্ত ওইবা শ্রীচৈতন্যগী লীলাদা—মীদুগী থাজরবা। মী অদুনা শ্রীচৈতন্যগী চরণগী নাক্তা চংলি, সেবা ফংই ॥ ২৯৯ ॥ আদি লীলাগী মরোন্দা, অরেপপা মচি ওইবা সিদ্ধান্তশিংবু অস্নুম্না হায়রি—মসিবু মীদুনা তাবদা শুদ্ধ-ভক্তিগী মশক মীদুনা ফংগনি। শুদ্ধ ভক্তিদি— হবিনাম, গাযত্রী, দীক্ষামন্ত্র অহুম অসিনি ॥ ৩০০ ॥ মতম অসিদা লাইরিকসিগী অনুবাদ ইজরি। মতম অদুদা অসিগুম্বা লাইরিক অসিগী অর্থবু তাবা ফংগনি ॥৩০১॥ ব্যাসগী আচার শ্রীভগবত্তা লেংলিবা মশক য়েংজবদুগী মতুংইন্না। 'হায়গ্রবগী মরোন্' হায়বা অনুবাদপু হন্না হন্না হায়রি ॥৩০২॥ মরম অদুনা আদি লীলাগী পবিচ্ছেদশিংবু শিংথারি। অহানবা পরিচ্ছেদদা মঙ্গলাচবণবু তৌই ॥ ৩০৩ ॥ অনিশুবা পবিচ্ছেদদা শ্রীচৈতন্যদেবগী মশক তশেংনা হায়রি। অদুগুম্বা শ্রীব্রজরাজনন্দন্না স্বয়ং ভগবান্নি ॥৩০৪॥ শ্রীকৃষ্ণ অদুনা শ্রীশচীগী মচা শ্রীচৈতন্য অসিনি হায়বি। অহুমশুবা পরিচ্ছেদদা শ্রীচৈতন্যনা পোকপগী মপানগী মবম ॥ ৩০৫ ॥ মদুগী মন্নুংদা প্রেম ভক্তি পীবিবা থোইদোকপা মরমনি, হায়বি। কলি যুগকী কৃষ্ণগী নাম প্রেম ভক্তি জগত্তা য়েম্থোকপা ॥ ৩০৬ ॥ মরিশুবদা প্রভুনা পোকপগী মরুওইবা কান্নবা মরম হায়রি। মাগী মাধুর্য্য প্রেম আনন্দ-ভক্তিরস চাবা তীন বাঞ্ছাগী মরম ইরি ॥ ৩০৭ ॥ মঙাশুবদা শ্রীনিত্যনন্দগী অরেপপা মশক লেপনা হায়রি। শ্রীরোহিনীগী মচা বলরামনা শ্রীনিত্যানন্দ ওইররে ॥৩০৮॥ পরিচ্ছেদ তরুক্তা শ্রীঅদ্বৈতগী অরেপপা মশক লেপনা হায়রি। শ্রীমহাবিষ্ণুনা ভক্ত অবতার তৌবা অদ্বৈতআচার্য্যনি ॥৩০৯॥ পরিঃ তরেত্তা পঞ্চ তত্ত্বগী মশক লেপনা হায়রি। অদুম্বা তত্ত্ব মঙা তিনদুনা প্রেমভক্তিরসবু পীবা মরম ইরি ॥৩১০॥ নিপানশুবদা শ্রীচৈতন্যগী লীলাগী মরম হায়রি। অমতা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী নামগী অথোইবা মতিক হায়রি ॥৩১১॥ মাপনশুবদা ভক্তিবীজ থাবা কল্পবৃক্ষগী মরোল শিংথারি। শ্রীচৈতন্য মালীনা ভক্তিগী উপাল থাবীবা হায়রি ॥ ৩১২ ॥ তরাশুবদা উপানগী অহানবা মশা, মথং মশাশিংবু হায়রি। অমাম্বা মশাশিংগী উহৈবু চাবা য়েম্থোকপা

হায়রি ॥ ৩১৩ ॥ তরামাথোইশুবদা শ্রীনিত্যানন্দগী মশাগী মরম হায়। তবানিথাই শুবদা শ্রীঅদ্বৈতগী মশাশিংবু শিংথারি ॥ ৩১৪ ॥ তরাহুমদাই শুবদা শ্রীমহাপ্রভুগী পোকপবু শিংথাজবি। শ্রীকৃষ্ণগী হরিনামগা লোয়নন্না অতুম্না প্রভুগী পোকপা ওই ॥৩১৫॥ তবামবি শুবদা প্রভুনা অঙাং ওইনা শান্নবা মরম খজিক্ক হায। তবামঙাশুবদা পৌগণ্ড (নিপামচা) গী শান্নবা স্নুপনা হায়রি ॥৩১৬ পবিঃ তবাতরুক্তা প্রভুনা পাথং মচাদা শান্নবগী মশক উৎলি। তবাতরেং শুবদা প্রভুনা পাথং ফাবগী শান্নবা থোইদোকনা হায় ॥ ৩১৭ ॥ আদি লীলাগী শৈরেং অস্তুম্না তবাতরেং থোকই। পবিঃ তবানিথোইনা লাইরিক্কী রাহৌদোক মঙ্গলাচরম্নি ॥৩১৮॥ পবিঃ মঙাদা-পোকপা, অঙাং, নিপামচা পাথংমচা পাথং ফাবা, প্রভুগী মীওই মচাগী রসগী মশক লেংডি। যামনা শস্তোক্না লেংদরে, স্নুপনা খজিক্তা হায়জরে ॥৩১৯॥ মসিবু শ্রীবৃন্দাবনদাসনা চৈতন্য ভাগবতা হান্না। শ্রীনিত্যানন্দগী য়াথংগী পাঙ্গন্না শস্তোক্না লেংথরে ॥৩২০॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি অভকপনি অরোম্বা লৈতে। অতুনা ব্রহ্মা, শিবা, শেষনা লীলাগী অরোম্বা ফংদে ॥৩২১॥ মীহুনা লীলাগী শরুক খবা হায়বা, তাবদা মীহুগী মঙ্গল পি। থিন্দনা মী-অহুব শ্রীচৈতন্যনা চরন্দা তিলহনগনি ॥ ৩২২ ॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈতআচর্য্য। শ্রীবাস, শ্রীগদাধরনচিংবা ভক্তগী মপৈবু ॥ ৩২৩ ॥ অয়াম অয়াম্বা ভক্তশিংনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈজবা। পুন্নমক্কী চবণবু কোক্না পুহুনা ঐনা থুরুমজহুনা ॥৩২৪॥ শ্রীস্বরূপ, শ্রীরূপ, শ্রীসনাতন কৌরবা। শ্রীরঘুনাথদাস অমদি শ্রীজীবগী চরন্দা ॥ ৩২৫ ॥ তত্তনা ঐনা নিংজহুনা চরন্দা কোক শোক্না থুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়রৈ ॥ ৩২৬ ॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা আদি খণ্ডদা প্রভুনা পাথংগী শান্নবা হায়রবা তবাতরেংশুবা পরিচ্ছেদনি।

আদি লীলা লোযরবা।

# শ্রীশ্রীচৈতন্যচরিতামৃত

( শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুর্জয়তি )

## মধ্যলীলা

## প্রথম পরিচ্ছেদ

যস্য প্রসাদাদজ্ঞোঽপি সদ্যঃ সর্ব্বজ্ঞতাং ব্রজেৎ। স শ্রীচৈতন্যদেবো মে ভগবান্ সম্প্রসীদতু ॥১॥

শ্লোকঃ ১ ক—

মূকং করোতি বাচালং পঙ্গুং লঙ্ঘয়তে গিরিম্। যৎ কৃপাতমহং বন্দে কৃষ্ণচৈতন্য মীশ্বরম্। ইতি

বন্দে শ্রীকৃষ্ণ-চৈতন্য নিত্যানন্দৌ সহোদিতৌ। গৌড়দয়ে পুষ্পবন্তৌ চিত্রৌ শন্দৌ তমোনুদৌ ॥২॥

জয়াতং সুরতৌ পঙ্গোর্ম্মম মন্দমতের্গতী। মৎসর্ব্বস্বপদাম্ভোজৌ রাধা মদনমোহনৌ ॥৩॥

দিব্যদ্বৃন্দারণ্যকল্পদ্রুমাধঃ শ্রীমদ্রত্নাগারসিংহাসনস্থৌ।

শ্রীমদ্রাধা-শ্রীলগোবিন্দদেবৌ প্রেষ্ঠালিভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি ॥৪॥

শ্রীমান্ রাসরসারম্ভী বংশীবটতটস্থিতঃ। কর্ষন্ বেণুস্বনৈর্গোপীর্গোপীনাথঃ শ্রিয়েঽস্তু নঃ ॥৫॥

---

**অন্বয়ঃ** ।— যস্য—মহাক্কী, প্রসাদাৎ—থৌজান্দগী, অজ্ঞঃঅপি— অপংবনস্ম, সদ্যঃ—খুৎথক্তা, সর্ব্বজ্ঞতাং—পুম্নমক থংববু, ব্রজেৎ—ফংগদবা ওই, সঃ অদুগুম্বা, ভগবান— তৌবগুম্বা, শ্রীচৈতন্যদেবঃ—শ্রীচৈতন্যদেবনা, মে—ঐগীদমক, সম্প্রসীদতু— থৌজানবীসনু। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—যৎ—মাগী, কৃপা—থৌজান্না, মূকং—মরোল থোক্তববু, বাচালং— নাম্ব শোলহল্লি, পঙ্গুং—মখোং তেক্লববু, গিরিম্— চীংবু, লঙ্ঘয়তে— লালহল্লি, তং—অদুগুম্বা, কৃষ্ণচৈতন্যং— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা, ঈশ্বরম্ —শ্রীকৃষ্ণবু, অহং—ঐনা, বন্দে—খুরুমজরি। ইতি ॥১গী ক॥

---

**অনুবাদঃ** ।—মহাক্কী থৌজান্দগী অপংবনসু খুৎথক্তা পুম্নমক থংববু ফংগদবা ওই। অদুগুম্বা তৌবা ভম্বা শ্রীচৈতন্যদেবনা ঐগীদমক থৌজানবী-সনু। ইতি ॥১॥

**অনুবাদ**ঃ— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী থৌজান্না মরোন থোকত্রবা অমসুং শিবা ফাওবদা হরিনাম মন্ত্র গায়ত্রী শোলহল্লিবা, মখোং তেক্লবা অমসুং চৎপা ঙমদ্রবা, শিবদা শ্রীবৃন্দাবনবু ফাংহলবা অম্মক থৌ-জাল হৈরবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥১গী ক॥

**২, ৩, ৪, ৫ শ্লোক্তা আঃ ১. পঃ গী২ ১৫, ১৬, ১৭ শুবা শ্লোক্তা য়েংউ।**

থৌজান্না সমুদ্র ওইরবা শ্রীগৌরচন্দ্রন তন্ন' হন্না থুরুমজে। অতোনবগী মরূপ ওইবা শ্রীশচী মচাবু হন্না হন্না থুরুমজে॥ ১॥ শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত-চন্দ্রবু হন্না ২ থুরুমজে। শ্রীবাসনচিংবা গৌরগী মনাইশিংবু হন্না ২ থুরুমজে॥২॥ আদিলীলাগী সূত্র-শিংনা অহানবদা হাযখ্রিবা। মদো শ্রীবৃন্দাবনদাস-না চৈতন্যভাগবত্তা শন্তোকখবে ॥৩॥ মবম অহুনা ঐনা মাগী আদিলীলাবু সূত্রমক্তা তৌজবি। মহুদগী খজিক্তুং থোইদোকপদো সূত্রগী মমুংদা হায়জবনি ॥৪॥ হৌজিক শেষলীলাগী মরূওইবা সূত্রশিংবু হায়-জরি। প্রভুগী শেষগী লীলাদি লোইনা হায়বা ঙমদোই॥৫॥ মতুগী মমুংদা অহুগুম্বা শরুকপু শ্রী-বৃন্দাবনদাসনা। চৈতন্যভাগবত্তা শন্তোক্লা হান্না লেংখরে॥৬॥ অহুগুম্বা শরুক অহুনা মসিদা সূত্র ওইনতা ইজগে। মহুদা সূত্র ওইনা খজিক্তুং লেং-খিবহু লাইরিকসিদা শন্তোকচগে ॥ ৭॥ শ্রীচৈতন্য লীলাগী শ্রীবৃন্দাবদাসনা ব্যাস ওইরি। মানা শ্রীচৈ-তন্যগী য়াথংদগী চৈতন্যগী অরেম্বা চাবদগী তৌবনি ॥৮॥ শ্রীবৃন্দাবনদাসগী চরণবু ভক্তি তৌনা ইকোক্তা পুজরি। অতুগা শেষলীলাবু সূত্রগী মশক ওইনা লেংজরি॥৯॥ প্রভুগী পোকপদগী চহি কুনমরি য়ুমদা লৈরম্মী। মতুদা অহুম্না শান্নবম্বদো আদিলীলা কৌই॥১০॥ চহি কুনমরিগী মমৈদা অহুগুম্বা রাক-চিংখা। অহুগী পানথংলকপদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌই॥১১॥ সন্ন্যাস তৌরগা চহি কুনমরি লৈরম্মী। মতুদা মাগী অহুমনা শান্নববু শেষলীলা কৌই॥১২॥ শেষলীলাগী মধ্য, অন্ত মমিং ২ থোকই। লীলানা তোঙনা তৈরকশিংদো মমিংশু তোপনা থোল্লি॥১৩॥ মতুগী মরুদো চহি তরুক হজং হন্দা চন্দ্রনা শারৈ। নীলাচলদা, গৌড়দেশদা, সেতুবন্ধদা, শ্রীবৃন্দাবন্দা।১৪॥ মতুদা মাগী অহুমনা শান্নববু মধ্যলীলা কৌই মাগী মতুংদা শান্নববু অন্তলীলা কৌ॥১৫॥ আদি-লীলা অমদি মধ্যলীলা, অন্তলীলা অহুম থোকই। হৌজিক মধ্যলীলাগী মশকপু খজিক্তুং শন্তোকচগে ॥১৬॥ প্রভুনা চহি তরানিপান্দি নীলাচলদা লৈহুনা ইবুংঙোনা জীবশিংদা ভক্তি তম্বীহুনা চংহল্লি॥১৭॥ মতুগী মমুংদা চহি তরুক ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা লৈ-রগা, প্রভুনা জগোই. ঈশৈদা মুংডাইনা প্রেমভক্তিবু য়েন্তোকই॥১৮॥ প্রভুনা নিত্যানন্দবু গৌড়দেশদা থাবগা লৈহল্লি। মানা গৌড়দেশদা লৈহুনা প্রেম-রসদা পুম্নমক তাওহল্লি।১৯॥ মহৌশানা শ্রীনিত্যা-নন্দদি কৃষ্ণপ্রেমগী পীনহৈবনি। প্রভুগী য়াথংদগী বাহা তাহাদা প্রেম পীববু তৌই॥ ২০॥ মহাকনা চবন্দা ঐন। কোটিরক হন্না থুরুমজবি। শ্রীচৈতন্যগী ভক্তিবু মানা সংসারদা লৌহল্লি॥২১॥ শ্রীচৈতন্য-গোসাঞিনা মাবু ইম্নাম্বনি হায়রি। মানা হায়— শ্রীচৈতন্যগোসাঞিনা ঐগী ইবুংঙোনি॥২২॥ অহুম ওইনমকপু দ্বাপরদা নিতাই প্রভুনা বলরাম ওই-রম্মী। অহুমকপু নিত্যাইনা চৈতন্যগী মনাইনি নিংই॥২৩॥ চৈতন্যবু সেবা তৌ, চৈতন্যবু শোন্নু, চৈতন্যবু শকউ। অহুগুম্বা চৈতন্যবু ভক্তি তৌ, মানা ঐগী ইবুংঙোনি॥২৪॥ অসুমতৌনা জগৎতা চৈতন্যগী ভক্তিবু লৌহল্লি। লাইরবা, অতোনবা, অকায়বা ডাংবা, পুম্নমকসি লান্বীরি॥২৫॥ অহুগী মতুংদা প্রভুনা রূপসনাতনবু শ্রীবৃন্দাবন্দা থারক্লে। প্রভুগী য়াথংদগী মচিন মনাও অনিনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকলে॥২৬॥ ভক্তিবু শন্তোকই অয়াম্বা তীর্থশিংসু কোংতোকই। শ্রীমদনগোপাল, গোবিন্দগী সেবাবু শন্তোকৃলকই॥২৭॥ অয়াম্বা লাইরিক্তগী লৌশিন-হুনা মচি ওইবা ভক্তি গ্রন্থসু লেংই। শ্রীরূপ-সনাতন্না অপংবা অতোনবশিংবু লানৃত্নিরি॥ ২৮॥ প্রভুগী য়াথংদগী অয়াম্বা লাইরিক্তগী অহেনবা

তথাহি—কাব্যপ্রকাশে ১ম উল্লাসে চতুর্থাঙ্কধৃতঃ শ্লোকঃ —

**যঃ কৌমারহরঃ স এব হি বরস্তা এব চৈত্রক্ষপাস্তে চোন্মীলিতমালতীসুরভয়ঃ প্রৌঢ়াঃ কদম্বানিলাঃ।**
**সা চৈবাস্মি তথাপি তত্র সুরতব্যাপারলীলাবিধৌ রেবারোধসি বেতসীতরুতলে চেতঃ সমুৎকণ্ঠতে ॥৬॥**

**অন্বয়ঃ** ।—যঃ—মানা, কৌমারহরঃ—অর্থাৎ কাবকপবু মাংহনবা, স এব—মহাকমক্কা, হি—শোই-দনা, বরঃ—পতিত্নু ওইরে, তাঃ এব—অতুগুম্বা, চৈত্রক্ষপাঃ— বসন্তগী অহিংশিংনা থাবন কবস্নু ওইরে। উন্মীলিত মালতীসুরভয়ঃ—শাৎলবা মালতীগী মনম নুংশিবস্নু ওইবে। তেচ— অতুগুম্বা, প্রৌঢাঃ—থোই-দোক্না নুংঙাইবগী মশক ওইবা, কদম্বানিলাঃ—কদমগী মনম পুবা নুংশিংনস্নু শিংলে, সাচ—অতুগুম্বী নুপী অতুস্নু, এব—লপনা, অস্মি—ঐনি, তথাপি— অতুম্নদি ওইনবু, তত্র— মতুদা, বেবারোদসি – রেবা-তৃরেলগী মপান্দা লৈবা বন্দা, বেতসীতরুতলে বেত্তসী কৌবী উরীনা যেৎপা উথম্বাল মথোংদা, সুরত ব্যাপাবলীলাবিধৌ – শৃঙ্গাবগী শান্নবদা, চেতঃ – পুকৃনিংনা, সমুৎকণ্ঠতে—চংথোন্না পামই। ইতি ॥৬॥

থন্নগা। ব্রজগী য়ামা থুপলবা ভক্তিবু শন্তোকপবু শোবকই ॥২৯॥ হরিভক্তিবিলাস অমদি ভাগবতামৃত কৌবা। দশমটিপ্পণী অমদি দশমচরিত কৌবা ॥৩০॥ অসিগুম্বা অযাম্বা লাইরিকশিংসি শ্রীসনাতন্না লেংই। শ্রীরূপনা অয়াম্বা লেংবা লাইবিকশিংবু কনানা শিংথাগনি ॥৩১॥ অথোই অথোইবা থজিকত বু শিংথাজগে। শ্রীকৃষ্ণগী ব্রজদা শান্নবা লীলাবু লাইবিক লক্ষ অমদা লেংই ॥৩২॥ শ্রীরসামৃতসিন্ধু অমদি বিদগ্ধমাধব কৌবা। উজ্জ্বলনীলমনি অমদি ললিতা মাধব কৌবা ॥ ৩৩ ॥ দানকেলী কৌমুদী অমদি অয়াম্বা স্তাবাবলী। অষ্টাদশ, লীলাচ্ছন্দ, অমদি পদ্যাবলী ॥৩৪॥ গোবিন্দবিরুদাবলী, মহাক্কী মশক তাকই। মথুরাগী মগুণ লেংবা লাইবিক ১দি নাটক লেংই ॥৩৫॥ লঘুভাগবতামৃতনচিংববু কনানা শিংথানি। লাইরিক পুম্নমক্তা ব্রজগী লীলাবু লেংবা ভাক্তনি ॥৩৬॥ শ্রীরূপসনাতনগী মনাওগী মচা শ্রীজীবগোসাঞি কৌবনা। অয়াম্বা ভক্তিগী লাইরিক লেংই, মাগী অরোম্বা নাইদে ॥৩৭॥ শ্রী-ভাগবতসন্দর্ভ কৌবা লাইরিক লেংথোকলকই। মতুদা ভক্তিগী সিদ্ধান্তগী মশিংগী শুমথৈনি ॥৩৮॥ গোপালচম্পু কৌবা লাইরিক য়াম্না চাওরবা। মতুদা ব্রজবসনা থল্লবা নিত্যলীলাবু লেপই ॥৩৯॥ মতৌ অসুমনা অয়াম্বা লাইবিকশিংবু ফোংতোকই। শাগৈ লোয়নবা শ্রীবৃন্দাবন্দা পুন্না লৈররে ॥৪০॥ সন্ন্যাসগী অহানবা চহিদা শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা। প্রভুবু উনিংতুনা নীলাচলদা লাকই। ৪১ ॥ রথযাত্রা দর্শন তৌবগা মতুদা থা মরি চুপনা লৈতুনা প্রভুগা লোয়নবা জগোইনা, ঈশৈনা নুংঙাইমিন্নৈ ॥৪২॥ বিদায়গী মতমদা প্রভুনা ভক্ত ময়ামদা হায় ; ভক্তশিংনা চহি খুদিংগী লাকপিযু গুণ্ডিচাগী লীলাবু উনবগীমমক ॥৪৩॥ প্রভুগী যাথংদগী ভক্তশিংনা চহি খুদিংগী লাক্তুনা। প্রভুগা লোয়নবা চৎতুনা গুণ্ডিচাগী লীলাবু নুংঙাইনা য়েংমিন্নৈ ॥৪৪॥ ভক্তশিংনা অসুমনা চহি কুনদি হঙ্গৎ হন্দা চত্তুনা প্রভুগা শান্নমিন্নৈ। মহৈ মহৈ ভক্তগা প্রভুগা নত্তুনা লৈফম লৈনদে ॥৪৫॥ অমদি শেষদা অতুম্না, চহি তবানিথোইদি লেংদনা লৈতুনা। শ্রীকৃষ্ণগী কায়নবগী লীলানা প্রভুগী থমোইদা ওইতুনা ॥৪৬॥ অতৎপা লৈতনা অহিং নুংথিন্দা কায়নবনা ময়াই কাহুদা। নোকই, কপই, জগোই শাই, ঈশৈ শকই, য়ামনা রাথরে ॥৪৭॥ মতম অতুদা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌবদা প্রভুনা। শ্রীরাধাগী পুকচেল

ওইতুনা কুরুক্ষেত্রদা কৃষ্ণগা পুনবা ফংলে নিংই ॥৪৮॥ জগবন্ধুনা কাং তেংবগী মমাংদা প্রভুনা জগোই শী মতমদা। মহুদা অসিগুম্বা রাহৈ অসিতা ঈশৈ ওইনা শকই ॥ ৪৯ ॥ অসিগুম্বা প্রাণনাথ কৃষ্ণবু ফংলরে। মাগী মন্নমগীদমক্তা — কামগী মৈনা চাকথেকথববনি ॥ ৫০ ॥ ঈশৈ'সি শকতুনা প্রহর অনি চুপনা প্রভুনা জগোই শাই। শ্রীকৃষ্ণবু পুন্তনা ব্রজদা চংলিবনি হায়বা রাখল অসিদা মুংঙাইবি ॥ ৫১ ॥ অসিগুম্বা রাখল অসি তৌতুনা জগোয়গী ময়াইদা শ্লোক অমা থিবকই। অহুগুম্বা শ্লোকৃকী অর্থবু মীযাম কনানা খংবা ঙমদে ॥ ৫২ ॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীমালতীনা সখিদা হাযবনি—হে সখি। মানা ঐগী মথোৎ কারকপবু মাঙহনবা, মামকৃনা অরেপপা পতিহু শোয়দনা ওইবে। অহুগুম্বা বসন্তগী অহিংশিংনা থাবন ফবসু ওইবে, অহুগুম্বা মকা ফম্না শাৎলবা মালতীগী মুংশিবা মনমসু ওইরে, থোইদোকনা মুংঙাইরবা কদমগী মনম্ পুবা মুংশিংনসু শিংলে অহুগুম্বী মুপী অহুসু লেপনা ঐ অসিনি। অহুমওইনমকপু মহুদা সম্ভোগগী শান্নবদা রেবা তুরেলগী মপান্দা লৈবা বনদা বেতসী কৌবী উরিনা য়েংপা উথম্বালগী মথোংদা ঐগী পুকনিংনা চংখোম্না পামই। ইতি ॥ ৬ ॥

অসিগুম্বা শ্লোককী অর্থবু স্বরূপ মতোমতনা খংই। নোংদমদগী নীলাচলদা—শ্রীরূপনা লাকলবা অহুগুম্বা চহিদা ।৫৩ ॥ শ্রীরূপগোসাঞিনা প্রভুনা শ্লোকৃসি থীবদা তাবতুনা। মফম অহুদা— অসিগুম্বা শ্লোককী অর্থ শ্লোক অমা তৌই ॥ ৫৪ ॥ কোনা মনা অমদা তৌরিবা শ্লোক অহু ইরহনা। মাগী লৈরিবা য়ুমগী ফকলাংদা থেন্নুনা থম্মী ॥ ৫৫ ॥ শ্লোক অহু থনমলগা— সমুদ্রদা ঈরুজবা চংথরে। মতম অহুদা মহাকপু উম্নগ হাযতুনা প্রভুনা লেংলকলে ॥৫৬॥ হরিদাস ঠাকুব, অমদি রূপ, সনাতন অহুম অসিদি। শ্রীজনাথগী মন্দিবদা নোংমতা চংদ ॥ ৫৭ ॥ অতুনা মহাপ্রভুনা জগনাথগী নোং ঙানবগী লুক্ কৎপা য়েংলুবগা। অমুম্মা অহুম্মবৃকী মনাকৃতা উম্নরুবগা ইবুংঙোনা লৈফমদা হল্লি ॥ ৫৮ ॥ অসিগুম্বা অহুমগী মববৃতা মতমহুদা লৈবা অহুগুম্বা মহাকৃকা। লাক্তুনা উম্নতুনা মাবু তীম্নবগা মুংঙাইবনা প্রভুগী নিয়মনি ॥ ৫৯ ॥ প্রভুনা লেংলকপা মতমদা নোংদমনা মথকৃতা য়েংবদা। ফকলাংদা থেংলমলিবা কোনা মনাদা ইরিবা শ্লোকতো ফংলে ॥ ৬০ ॥ প্রভুনা শ্লোক্তু পাবে, অহুদগী পুকনিং চংতুনা লৈবিঙৈদা। শ্রীরূপনা লাক্তুনা দণ্ডবত তাহুনা খুরুম্মরে ॥৬১॥ মঙোন্দা শ্রীমহাপ্রভুনা খুবাকনা নান্দুনা হৌগংহল্লে। কোনবীবগা থজিক্তংবু প্রভুনা হায়রকই ॥ ৬২ । ঐগী শ্লোকৃকী অবেপপা অর্থবু কনা অমতনা খংদে। ঐগী পুকনিংগী রাবু নংনা করমনা খংবনো ॥৬৩॥ অসি হায়তুনা শ্রীরূপপু য়ামনা থৌজানবীরে। প্রভুনা শ্রীস্বরূপতা শ্লোক্তো পুবক্তুনা য়েংহল্লে ॥৬৪ স্বরূপতা প্রভুনা ঙক্তুনা হংলকলে। ঐগী পুকনিংগী রাবু শ্রীরূপনা করমনা খংলিবা ॥ ৬৫ ॥ স্বরূপনা হায়রকই— অহুম্না ঐগী পুকনিংন থল্লিয়ে। ইবুংঙোগী কৃপাগী মফম ওইবনা পুকনিংবু খঙবনি ॥৭৬ ॥ প্রভুনা মঙোন্দা হায় — ঐনা পেল্লহুনা। কোলবীরগা অম্নাম্বা খংবা ঙম্ব শক্তিবু পীরবনি ॥ ৫৭ ॥ অহুনা অথুপ্পা রস খনবদা মতিক চাবা অমা ওইরবনি। নংসু মঙোন্দ অথুপ্পা রসবু থরা ঙাংনশাম্নৌ ॥ ৬৮ ॥ অমুম হায়রিবশিংসি কোম্না শন্তোকচরকৃকনি। হৌজিক্তি মশক খংনবগীদমক্তা মুপ্না পনজবনি ॥৬৯॥

তথাহি—শ্রীরূপগোস্বামিচরণৈরুক্তোহয়ং শ্লোঃ—

**প্রিয়ঃ সোহয়ং কৃষ্ণঃ সহচরি কুরুক্ষেত্রমিলিতস্তথাহং সা রাধা তদিদমুভয়োঃ সঙ্গমসুখম্।**
**তথাপ্যন্তঃ খেলন্মধুর মুরলী পঞ্চমজুষে মনো মে কালিন্দি পুলিনবিপিনায় স্পৃহয়তি ॥৭॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কং ৮২ অঃ ৩৫ শ্লোকঃ।

**আহুশ্চ তে নলিননাভ পদারবিন্দং যোগেশ্বরৈর্হৃদি বিচন্ত্যমগাধবোধৈঃ।**
**সংসারকূপপতিতোত্তরণাবলম্বং গেহং জুষামপি মনস্যুদিয়াৎ সদা নঃ ॥৮॥**

---

**অন্বয়ঃ** —সহচরি—হে ইতা, সঃ—অদুগুম্বা, প্রিয়ঃ—চান্নবদু, অয়ং কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণ অসিনি, কুরুক্ষেত্রমিলিতঃ—কুরুক্ষেত্রদা তিন্নরে, সা—অদুগুম্বী, রাধা—রাধাদো, তথা— অসিগুম্বী, অহম্— ঐনি, উভয়োঃ—রাধা-কৃষ্ণ তাংগী, তং,—অদুগুম্বা, সঙ্গমসুখং—তীন্নবগী নুংঙাইবদু, ইদম্—মসিনি, তথাপি —অদুম ওইনমবুপু, মে—ঐগী, মন— পুরিংনা, অন্তঃখেলন্— মনুংদা শান্নবদি, মধুরমুরলী পঞ্চমজুষে— থুম্লবা মুরলীগী মঙাশুবা খোন্থাংনা থোগনবা, কালিন্দীপুলিনবিপিনায়— যমুনা মপানগী বন্দা, স্পৃহয়তি—পামই। ইতি ॥৭॥

**অন্বয়ঃ** ।—অহুশ্চ—গোপীশিংনা হায়খি, নলিননাভ—হে খোইদোনা থম্বানবু ওমজবা,, অগাধবোধৈঃ—মপান নাইদবা অখংবনা তিনবা, যোগেশ্বরৈঃ—যোগ তৌবশিংনা হৃদি—থমোইদা, বিচিন্ত্যং—নিংনবা ওইবা, সংসার কুপ-পতিতোত্তরণাবলম্বং—সংসার গুহাদা তাববশিংগী লান্নবগী পাম্বৈ ওইবা, তে —নংগী, পদারবিন্দং—খোং থম্বাল্লা, গেহংজুষাং —য়ুমদা লৈবী, নঃ—ঐখোযগী অপি অমস্তুং, মনসি—পুকনিংদা, সদা—অতৎপা লৈতনা, উদিয়াৎ - থোকপিসনু। ইতি ॥৮॥

---

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীরাধানা সখিদা— হে সখি! অদুগুম্বা চান্নবদো শ্রীকৃষ্ণ অসিনি। অদুগুমনা কুরুক্ষেত্রদা তীন্নরে, অদুগুম্বী রাধাদু ঐনি; শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিগী নুংঙাইবদো মসিনি। অদুম ওইনমক ঐগী পুকনিং অসিনা, মনুংদা শান্নবদি থুমলবা মুরলীগী মঙাশুবা খোন্থাংনা থোগনবা যমুনাগী মপান্দা লৈবা বন্দা পামই। ইতি ॥৭॥

অসিগুম্বা শ্লোকী অস্মুপ্পা অর্থবু ভক্তশিংনা তাবিয়ু। শ্রীজগন্নাথবু উবদা অদুগুম্না প্রভুনা খল্লকই ॥৭০॥ মহুদি— শ্রীরাধানা কুরুক্ষেত্রদা শ্রীকৃষ্ণগী মশক উজববু। কংবদা— তৌইগুম্বস্নুং অদুমক্তদা অস্নুম্না শ্রীরাধানা খনখি ॥ ৭১ ॥ নিংথৌগী ফিজেৎনি, শগোল শামু তোয়নবা মীয়ামনি। গোপগী ফিজেৎনা কদায়দা? চিরুবা বৃন্দাবন্না কদায়দা? ॥৭২॥ অদুগুম্বা পুকচন, অদুগুম্বা কৃষ্ণ, অদুগুম্বা বৃন্দাবনবু। মতম তাদুদা ফংলবা মতমদা ঐগী নিংজবা থুংগনি ॥৭৩॥

**অনুবাদ ঃ**—শ্রীকৃষ্ণদা গোপীশিংনা হায়খি—হে খোয়দোনা থম্বাল মানবা ইবুংঙো। মপান নাইদবা অখংবনা তীনবা যোশ্বেরশিংনা থমোইদা নিংনবা ওইবা, সংসাব গুহাদা তারবশিংগী লান্নবগী পাম্বৈ ওইবা, নংগী চরণ থম্বালনা য়ুমদা লৈবী ঐখোয়গী অমস্নুং পুক্নিংদা অতৎপা লৈতনা থোকপীয়ু। ইতি ॥ ৮ ॥

নংগী চরণনা ঐগী ইয়ুম ব্রজপুরদা। মতম অদুদা থোক্করবা, মতমদো নিংবা থুংজগনি ॥৭৪॥ শ্রী-ভাগবতকী শ্লোককী অথুপ্পা অর্থবু শেংনা ফোংতোক্লুনা। শ্রীরূপগোসাঞিনা জগৎ থংনবা —

তথাহি—ললিতামাধবে দশমাঙ্কে ৩৬ শ্লোকঃ।

**যা তে লীলারসপরিমলোদ্গারিবন্যা-পরিতা ধন্যা ক্ষৌণী বিলসতি বৃতা মাধুরী মাধুরীভিঃ।**
**তত্রাস্মাভিশ্চটুলপশুপীভাব মুগ্ধান্তরাভিঃ সংবীতস্ত্বং কলয়বদনোল্লাসিবেণুর্বিহারম্॥৯॥**

**অন্বয়ঃ**—তে—নংগী, লীলাবস পবিমলোদ্গারি বন্যা-পরীতা—লীলারস মুংশিবা মনম্ থোকনবা বনশিংনা কোইরবী, মধুরীভিঃ—মীপুকহুবা থিবিকনা, বৃত—কোয়বিবী, মাধুবী—মথুরাগী মনাক্তা লৈবী মীপুকহুবী, ধন্যা—থাগৎলবী, যা—অতুগুম্বী, ক্ষৌণী—ব্রজ লৈবাকন', বিলসতী—নিংথিনা লৈরি তত্র—মতুদা, চটুল পশুপী ভাব মুগ্ধান্তরাভিঃ—নংবু মুংশিবনা তয়াং তশোয়বী থমোই পংলবী গোপীশিং, অস্মাভিঃ ঐথোয়বু, সংবীতঃ—লোযনরগা, বদনোল্লাসিবেণু—চিন্দা মুবলী থোংহনা, বিহারম্—শান্নববু, ত্বং—নংনা কলয়ঃ—তৌবিয়ু। ইতি॥৯॥

শ্লোকপু লেংই। শ্লোকসিনা শ্রীরাধিকাগা বৃন্দাবনগা অঙ্গ-অঙ্গিত (মাগা মশাগা) ওইবা মশকনি তোপ্তে, রাধাগা বৃন্দাবনগা অমতনি থংহল্লি॥৭৫॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীরাধানা, কৃষ্ণদা—হে ইবুংঙো। নংগী লীলারসগী মুংশিবা মনম্ থোকহলবা বনশিংনা কোয়রবী, অমম্বুং মীপুক হুরবা ফরজবা থিবিক্তা কোয়রবী মথুরাগী মনাক্তা লৈবী থাগৎনরবী অতুগুম্বী ব্রজভূমীনা নিংথিনা ডান্দুনা লৈরি। মতুদা নংবু মুংশিবনা তয়াং তশোয়বা, ১ম্বুং থমোই পংলবী গোপীশিং ঐথোয়বু লোয়নরগা, চিন্দা মুরলী থোংহনা শান্নববু নংনা তৌবিয়ু। ইতি॥৯॥ মতৌ অসুমনা মহাপ্রভুনা শ্রীজগনাথবু য়েংবদা। সুভদ্রাগা লোয়নবা থৃত্তা বংশী পাযববু উরে॥৭৬॥ ব্রজদা শাথেক অহুমনা ফজবা শ্রীব্রজরাজনন্দনবু। কদাইদা ফংগবা অপাম্বা অসিবু ক্ষণ থুদিংদা চাওথংলে॥৭৭॥ উদ্ধব উবদা শ্রীরাধাগী ময়াই কাবা অতুগুম্বা। লংহত্তুনা প্রভুনা অহিং মুংথিন্দা অতুম পংডাংতো ডাংই॥৭৮॥ [illegible] চহি [illegible] অসুমনা লেপ্লি। মতৌ অতুম্বা [illegible] অথবা অহুম্বি॥৭৯॥ সন্যাস [illegible], [illegible] চহি ২৪দা অতুম অতুম্বা থবক তৌবমো। [illegible] অরোম্বা নাইদে মতুবু [illegible] অচেৎপা থংগনি॥৮০॥ থংনবা তাকপদা—মাইকৈদমক উচ্চবি। লীলাগী মরু মরু ওইবদো সুপ্লপনা শিংথাজবি॥৮১॥ প্রভুনা সন্ন্যাস তৌববু অহানবা সুত্র ওইনা শিংথারি। সন্ন্যাস তৌরবগী মতুংদা প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎলি॥৮২॥ কৃষ্ণ মুংশিবনা ডাওহনা প্রভুনা মপানগী লিংশিংত্রে। শ্রীনিত্যানন্দগী পোকক্ষম বাঢ দেশদা হুমিং হুমলি কোযবে॥৮৩॥ নিত্যানন্দপ্রভুনা শ্রীমহাপ্রভুবু ভকহন্দুনা। গঙ্গাগী মপান্দা যমুনানি হায়হনা পুথহনা স্নান তৌহল্লে॥৮৪॥ অতুদগী শান্তিপুরদা—অদ্বৈতগী মন্দিবদা থুংলুরে। অহানবদা ভিক্ষা তৌরগা মতুদা অহিংদা সঙ্কীর্ত্তন তৌই॥৮৫॥ মতুদা শচী অমম্বুং ভক্তশিংগা উম্নথি। পুম্নমক প্রেমজলগা প্রভুনা ক্ষেত্রদা চংলকলে॥৮৬॥ লেংলকপা লম্বীদা ঈশ্বরগী দর্শন তৌহনা লীলারসবু চাই। শ্রীগোপালদেবদা গোবর্দ্ধন্দা লেংথৎপা, মাধবেন্দ্রগী রারী॥৮৭॥ শ্রীগোপীনাথনা ক্ষীর হুরানবা রারী, সাক্ষিগোপালগী রারম। শ্রীনিত্যানন্দনা প্রভুগী চৈতুবু থুদেকপা॥৮৮॥ শাওহনা প্রভু [illegible] শ্রীজগন্নাথ উনবগীদমক্তা চৎখিহনা। শ্রীজগন্নাথবু উবদা চংশিন্দুনা নকুনা লৈবাক্তা [illegible]॥৮৯॥

সার্ব্বভৌমনা পুতুনা মাগী ময়ুমদা লাকলে। হুমিদাংরাইরমদা প্রভুগী জ্ঞান তারকই ॥৯০॥ নিত্যানন্দ, জগদানন্দ, দামোদব, মুকুন্দ। মরিনা কোয়া লাকতুনা প্রভুবু ফংলবদা পুন্নমকনা নুংঙাইবে ॥ ৯১ ॥ মতুং অতুদা সার্ব্বভৌমদা প্রভুনা থৌজানবিখি। ইবুংঙোনা শ্রীকৃষ্ণমুত্তিবু সার্ব্বভৌমদা উহল্লি ॥ ৯২॥ অতুগী মতুংদা প্রভুনা দক্ষিণতীর্থদা লেংখি। কূর্ম্ম ক্ষেত্রদা বাসুদেববু প্রভুনা লান্‌বীবম্মী ॥ ৯৩॥ জীযড়নৃসিংহ ক্ষেত্রদা শ্রীনৃসিংহ স্তুতী তৌই। লম্বী লম্বীদা খুন খুন্দা হরিনাম ভক্তিবু য়েল্লকই ॥ ৯৪ ॥ গদাবরীগী তোর্ব্বান্দা বন্দা শ্রীবৃন্দাবন্নি ওকই। বামানন্দরায়গা পুন্না মতুদা প্রভুগা তিননখি ॥৯৫॥ অতুদগী ত্রিমল্লপ্রিপদী কৌবা মফমদা দর্শন তৌই। মফম পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী নাম প্রচার তৌবকই ॥৯৬॥ অতুগী মতুংদা পাষণ্ডীশিংবু নৈহত্তুনা লান্‌বী। অহোবল নৃসিংহনচিংববু দর্শন তৌই ॥৯৭॥ কাবেবীগী মপান্দা লাক্তুনা শ্রীরঙ্গ ক্ষেত্রদা য়ৌরে। শ্রীরঙ্গনাথ দর্শন তৌবদা প্রেমদা ঙাওরে তপথদবে ॥৯৮॥ শ্রীবেঙ্কটভট্টগী ময়ুমদা প্রভুনা লেংশিন্দুনা লৈবে। মতুদা লৈতুনা প্রভুনা থা মরি চুপনা নোংজুথা লেল্লে ॥ ৯৯ ॥ শ্রীবৈষ্ণব বেঙ্কটভট্টসি অথোইবা পণ্ডিতনি। শ্রীচৈতন্যগী অথংবগী অমসুং প্রেমগী মতৌদা ডকথরে ॥১০০॥ মতুদা প্রভুনা ভট্টগা লোয়তুনা থা মবি লৈরে। জগোইদা, ঈশৈদা, সঙ্কীর্ত্তন্দা নুংঙাইনা লেল্লে ॥ ১৩১ ॥ থা মব্রিগী মমৈদা অমুক হন্না দক্ষিন্দা লেংলে। মতুদা পরমানন্দপুরীগা লোয়ননা উনখি, তিন্নখি ॥ ১০২ ॥ অতুগী মতুংদা ভট্টমারী খুন্দগী কৃষ্ণদাস লান্‌বীরমই। রাম শোনবা ব্রাহ্মণগী চিন্দা কৃষ্ণনাম শোনহল্লি ॥১০৩॥ শ্রীরঙ্গপুরীগা লোয়ননা তিন্নবু ওইরে। রামগী মনাই ব্রাহ্মণগী অবাবব্বু কোপিখি ॥১০৪॥ তত্ত্ব-বাদীশিংগা লোয়নতুনা তত্ত্বগী বিচার তৌনখি। মথোয় পুন্নমক্কী রাখন্দা মশা মশাবু অতোনবনি খাহনখি ॥ ১০৫ ॥ অনন্তপুরুষোত্তমবু, শ্রীজনার্দ্দনবু। পদ্মনাভবু, বাসুদেববু প্রভুনা দর্শন তৌরে ॥১০৬॥ অতুগী মতুংদা প্রভুনা কোনা পাম্বী তরেং লান্‌বী সেতুবন্ধ স্নান তৌরগা রামেশ্বর মহাদেব দর্শন তৌই ॥১০৭॥ মফম অতুদা কূর্ম্ম পুরানবু ময়ামনা ভাবম্মী। রাবন্না হুবব্রি মায়াগী সীতানি হায়না মতুদা ইরম্মী ॥১০৮॥ তারবদা প্রভুগী পুকনিং নুংঙাইরে, পেল্লে। রামদাস ব্রাহ্মণগী রারম নিংশিংলকলে ॥ ১০৯ ॥ অতুগুম্বা মল্লবা লাইরিক্তু নিতুনা পুরক্লে। রামদাস ব্রাহ্মণদা উহল্লগা অৱাবা কোকহল্লি ॥১১০॥ ব্রহ্ম, সংহিতা কৃষ্ণ কর্ণামৃত, লাইরিক অনিসি ফংলে। অথোইবনি খংতুনা লাইরিক অনিতু পুতুনা লাকলে ॥১১১ অমুক হন্না নীলাচলদা লেংলকতুনা থুংলরে। ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা স্নানযাত্রা য়েংমিন্নবে ॥ ১১২ ॥ শ্রীজগনাথগী অনবসরদা ( অঙ্গবাগদা ) তরামঙানি উবা ফংদরে। উত্রবদা রারতুনা প্রভুনা আলালনাথদা চত্তুনা দর্শন তৌই ॥১১৩॥ ভক্তপা লোয়ননা মতুদা হুমিৎ থরা লৈরে। গৌড়ভক্তশিং লাকলে হায়বা পাও ফংলতুনা ॥১১৪॥ শ্রীনিত্যানন্দ সার্ব্বভৌমনা লুনা হায়জতুনা। নীলাচলদা মহাপ্রভুবু পুতুনা থুংলরে ॥১১৫॥ শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী রাবনা প্রভুনা অহিং নুংথিল থংত্রে। মতম অতুদা গৌড়গী ভক্তশিং থুংলরে ॥১১৬॥ খন্নতুনা পুন্নমক তিন্নতুনা খন্নরগা সঙ্কীর্ত্তন তৌরে। সঙ্কীর্ত্তন্দা চংতুনা প্রভুনা পুকনিং তপথখ্রে ॥১১৭॥ অহানবদা কামানন্দ উন্নবা মতমদা প্রভুনা। মত্তোন্দা নীলাচলদা লাকবা রাখং পীবিরম্মী ॥১১৮॥ নিংথোগী রাথং লৌতুনা রামানন্দনা হুমিং থরা লৈরগা লাকলে। প্রভুনা মাগা লোয়ননা অহিং নুংখিন্দা কৃষ্ণগী রা ওংনৈ ॥১১৯॥ কাশী মিশ্রদা থৌজানবা, প্রদ্যুম্নমিশ্রনচিংববু তিন্নবা

পরমানন্দপুরী, গোবিন্দ, কাশীশ্বর মন্নামসি লাকপা ॥১২০॥ স্বরূপ দামোদর মিলন্দা য়ামনা নুংঙাই-থরে। শিখিমাহিতীগা পুনবা রায়ভাবানন্দ লাকপা ॥১২১॥ ক্ষেত্রদা গৌড়দেশদগী অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংনা লাকপা। অহানবদা কুলীনগ্রামদা লৈবশিংগা—অহানবা তিন্নবা ॥১২২॥ অয়াম্বা খণ্ডদা লৈবা শ্রী-নরহরিনচিংবা। শিবানন্দসেনগা লোয়ননা অযাম্বা ভক্তশিংনা লাক্কুনা তিন্নবে ॥ ১২৩ ॥ ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা প্রভুনা স্নানযাত্রা যেংমিন্নৈ। ভক্ত পুম-নমক্কা লোয়ননা গুণ্ডিচা মন্দিব সেংত্তোকই ॥ ১২৪ অতুগী মতুংদা ভক্তশিংগা লোয়নতুনা প্রভুনা রথযাত্রা য়েংই। প্রভুনা কাংগী মমাংদা জগোই শাবয়্গা বন্দা লেংশিন্দুনা ॥১২৫॥ মফম অতুদা প্রতাপরুদ্রবু প্রভুনা থৌজানবিখি। বিদায় তৌবা মুমিন্ভা—প্রভুনা গৌরভক্তশিংদা য়াখং পী ॥১২৬॥ রথযাত্রা য়েংমিন্নবগীদমক চহি খুদিংগী লাকউ। ভক্তশিংগী তিন্নিংবনা অসিগুম্বা মরৈসি তৌই ॥১২৭॥ সার্ব্ব-ভৌমগী মযুমদা প্রভুগী লুকহাবগী মথং মনাও। সার্ব্বভৌমনা ষাঠীমাতাদা মরমতুগী ষাঠী লুখ্রা ওই-সনু হায ॥ ১২৮ ॥ মতুংগী চহিদা অদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা লাকপদা। শিবানন্দনা, ক্ষেত্র যৌনবা ভক্ত পুম্নমকপু ঙাকশেন্নতুনা পুরকই ॥ ১২৯ ॥ লাইবক ফরবা হুই অমা শিবানন্দগা লোয়নতুনা লাকই। হুইদো প্রভুগী চরণ দর্শন ফংলগা বৈকুণ্ঠ কংখ্রে ॥১৩০॥ লম্বীদা ভক্তশিংগা থেংনরম্লগা সার্ব্বা ভৌমনা। অতুদগী সার্ব্বভৌমনা কাশীদা চংখরে ॥১৩১॥ ক্ষেত্রদা অয়াম্বা পুম্নমকনা লাক্কুনা প্রভুগা তিন্নরৈ। প্রভুনা পুম্নমক পুতুনা জলক্রীড়াবু শান্নৈ ॥১৩২॥ অতুদগী ভক্তশিং লোয়নতুনা গুণ্ডিচা মন্দির শিত্তোক শেংদোকই। রথযাত্রা দর্শন্দা প্রভুগী লিংখ্রা জগোই শাই ॥১৩৩॥ বনগী মমুংদা মথন-মথা অয়াম্বা প্রভুনা শান্নৈ। প্রভুগী অভিষেকপু কৃষ্ণদাস ব্রাহ্মন্না তৌজে ॥১৩৪॥ গুণ্ডিচাদা জগোই লোইবদা জলক্রীয়া শান্নৈ। শ্রীলক্ষ্মীগী শান্নবা হোবা পঞ্চমীব্ দর্শন তৌবে ॥১৩৫॥ শ্রীকৃষ্ণজন্ম-যাত্রাদা প্রভুনা গোপগী ফি শেৎলি। শঙ্গোম পাবোৎ পুষ্ট অতুগী তুংদা ষণশেনচৈ পায ॥১৩৬॥ অতুগী তুংদা গৌড়গী ভক্তশিংদা বিদায় পীখ্রে। লৈমিন্নবা ভক্তশিংগা লোয়ননা তত্তনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই ॥ ১৩৭ ॥ শ্রীবৃন্দাবন চংনবগী প্রভুনা গৌড়দেশদা লাকই। প্রতাপরুদ্র নিংথৌনা লম্বীদা অয়াম্বা সেবা তৌই ॥ ১৩৮ ॥ পুরীগোসাঞিগা লোয়ননা শচীদা পীনা ফি পীবকপগী মথম। রামানন্দনা ভদ্রকনালোম্বা ফাওবা প্রভুবু থৌগন লাক্লম্মা ॥ ১৩৯ ॥ প্রভুনা লাক্কুনা বিদ্যাবাচস্পতিগী যুম্নদা লৈববে। প্রভুবু উনিংবনা মীয়াম চিন্না তিনথরে ॥১৪০॥ মুমিং মড়ানি উন্নববদা মীশিং যামথৎপা লোম্বা লৈত্রে। মীয়াম কিতুনা প্রভুনা অহিংদা কুলিয়া গ্রামদা লাকলে ॥১৪১॥ কুলিয়াগ্রামদা—প্রভুনা লৈরে তাবদা মীয়াম লাকলে। মীয়াম কোটি কোটি লাক্কুনা প্রভুবু দর্শন তৌবৈ ॥১৪২॥ কুলিয়া গ্রামদা প্রভুনা দেবানন্দদা থৌজানবিখি। শ্রীবাসদা লৈবা গোপাল ব্রাহ্মণগী অপরাধ কোকৎ হল্লি ॥১৪৩॥ পাষণ্ডী অকায়বশিংনা লাক্কুনা প্রভুগী চরন্দা তারবে। অপরাধবু ঙাকপিতুনা মথোয়দ কৃষ্ণপ্রেম্ পীবিবে ॥১৪৪॥ প্রভুনা বৃন্দাবন লেং লককনি তাতুনা নৃসিংহানন্দনা। পুকনিংদা মুংঙাই বা কংতুনা লম্বীবু লৈ থাতুনা য়াথম্না শেম্মী ॥১৪৫ কুলিয়া নগবদগী বতুনা লম্বীদা থামতুনা থাই মকোক খিক্তোক্লবা লৈনা লম্বীগী মথক্তা চাইতুনা থারে ॥১৪৬॥ লম্বীগী ওই-য়েত্তা শাৎলবা বকুল পরেংনা ফজহল্লি। মরক মরক্তা নাকল অনিা লুরবা পুখ্রি লৈহল্লি ॥১৪৭॥ মতুদা রত্নগী থাক নিংথি, স্নাগী থম্বাম্না শাংলি। অয়াম্বা উচেকশিং

নিংখোংই অমৃতগুম্বা ঈশ্বিংনা চোল্লি ।। ১৪৮ ।।
অয়িংবা মুংশিংনা ছুমলি অয়াম্বা লৈগী মনম পুত্নুনা
শিৎলি কানাই নাটশালা ফাওবা অস্থুম্বা শেমজংক্লে
।।১৪৯।। অত্তুদগী মাংদা পুকনিংনা চৎলুয়াদরে, শেম্বা
ওমদ্রে । লম্বী শেম্বা যাদরি, নৃসিংহানন্দনা অঙক-
পা ওইবে ।।১৫০।। লেপ্পবু তৌবদুনা মী পুম্নমকনা
তাবো হায়বকই । হন্দকমুক্তি প্রভুনা শ্রীবৃন্দাবন
চৌবরোই ।।১৫১।। কানাই নাটশালাদগী হল্লক্তুনা
লাবকনি । কোন্না থংগনি, অবেপ্পা ওইনা হায়-
রবনি ।। ১৫২ ।। শ্রীচৈতন্যগোসাঞিনা কুলিয়াদগী
শ্রীবৃন্দাবনদা চৎলকলে । অয়াম্বা ভক্তশিংনা মীয়াম
লিশিং অমনা ইঙ্গুরি ।।১৫৩।। মহু মহুদা চৎপা,
মহুদা মীয়াম কোটিনা । যেংগদবগী অরা মুংশি
কোক্তুনা, যেংগদবগী লাকলে ।।১৫৪।। চৎলকপদা
প্রভুগী চরন্না নেৎলম্বা মহু মহুদা । অত্তুগুম্বা লৈ-
পাক লৌখিবদা মীয়ামনা, লম্বীদো গুহা ওইরে
।।১৫৫।। অমুমনা লেংলকপনা, প্রভুনা রামকেলিগ্রাম
থোরে । গৌড়নগরগী মনাক্তনি চাংদয়িংডাই লৈতবা
ম্মামনা নিংথিবা থুননি ।। ১৫৬ ।। মহুদা জগাই
শাই প্রভুনা প্রেমদা রাম্বথরে, জ্ঞান মাংলে । মী-
য়াম কোটি কোটিনা লাক্তুনা প্রভুবু যেংলবে ।।১৫৭
গৌড়দেশগী যবননিংথৌনা, মতিকপু তারদুনা ।
অঙকপা ওইদুনা খজিক্তংবু হায়রকই ।। ১৫৮ ।।
পীবা নত্তনা অমুক ম্মাম্বা মীনা মাগী মতুং ইল্লিবা ।
অসিগুম্বা গোসাঞিসে করিনো মসি লেপনা থংউ
।।১৫৯।। যবন কাজীনা হায় মাহাক্কী মুংডাইতনবা
তৌরুমু । মহাক্কী পুক্নিংনা পাম্বা মফমদা মাগী
মনিং তমনা চৎসনু ।। ১৬০ ।। কেশব ছত্রীদা নিং-
থৌনা প্রভুগী পাওবু হংই । প্রভুগী মতিকপু ছত্রীনা
লৈথোকতুনা থুমই ।।১৬১।। চাকনিবা সন্ন্যাসনি
তীর্থ কোম্বা চৎপনি । মাবু যেংনিংতুনা মী অনি
মখিং লাকপনি ।। ১৬২ ।। যবনশিংনা মহারাজদা
হায়শনবনি । মাগী মফমদা হিংসা ফংলোই ১দি
অমাংবা ওইনি ।। ১৬৩ ।। নিংথৌদা থাম্লগা,
কেশবনা ব্রাহ্মণবু থাবক্লে । লেংখিনবগী মবমদা
প্রভুদা থারক্লিবা ব্রাহ্মন্না হঙংলৈ ।।১৬৪।। অচিক-
পদা দবীরখাসদা নিংথৌনা হংথি । শ্রীচৈতন্য–
গোসাঞিগী মতিকপু মানা হায়রকই ।। ১৬৫ ।।
মহারাজদা নিংথৌ পীবা অত্তুগুম্বা নংগী নবুংঙোনি,
নংগী লাইবক ফবনা নংগী দেশদা পোকতুনা
লাকপনি ।।১৬৬।। নংগী অকবা পাম্লবদি থবক্তা
অপাংবা ওইগনি । ইবুংঙো অসিগী ফহনবনা
নংগী পুম্নমকতা জয ওইগনি ।।১৬৭।। ঐঙোন্দা
কবিগী হংবা, নংনা পুক্নি দা হংলো । নংনা মী-
শিংগী মপুনি বিষ্ণুগী অংশগা মান্নবনি ।। ১৬৮ ।।
নংগী পুকনিংদা চৈতন্যগী মশকপু কবিনি থংবগে,
নংগী পুকনিংদা মাবু লৌবদো, মতুনা অথংবনি
।। ১৬৯ ।। নিংথৌনা হায় ঐগী পুকনিংদা মাবু
লৌবদো তাও । মসিনা সংসংবা ঈশ্বরনি চিংনদরে
।। ১৭০ ।। অসি হায়রগা নিংথৌনা মাগী কোম্নুং
মনুংদা চংখ্রে । অত্তুগী মতুংদা দবীরখাসনা মাগী
ময়ুমদা লাকলে ।। ১৭১ ।। যুমদা লাক্লগা মচিন
মনাও অনি লেপ্পবগা । ফিভেৎ লোৎতুনা প্রভুবু
উনগদবগী লাকচরে ।।১৭২।। অহিং নোংয়াইদা—
মচিন মনাওনা প্রভুগী মফমদা লাকতুনা থংলরে ।
অহানবদা নিত্যানন্দগা হরিদাসগা লোয়ন্নুনা উন্নরে
।।১৭৩।। মথোয় অনিনা প্রভুগী মাংদা, খংহন্দুনা
হংগৎলি । রূপ, সাকর মল্লিক অনিনা ইবুংঙোবু
উনিংতুনা লাকচরী ।। ১৭৪ ।। নাপীগী চরাং ২থক
অনিনা য়াদা চিক্লদুনা । ভক্তা ফি যেৎতুনা দণ্ডবত
তৌদুনা তাররে ।। ১৭৫ ।। নোল্লুকনা কপ্পী মুং-
ঙাইবদা ভাওবা ওইরে । প্রভুনা হায় হৌগৎলু
হৌগৎলু মঙ্গল ওইবে ।।১৭৬।। হৌগৎলে অত্তুগী
মতুংদা মচিন মনাওনা য়াদা নাপী চিক্তুনা ।

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে সাধনভক্তিলহর্য্যাম্

মত্তুল্যো নাস্তি পাপাত্মা নাপরাধী চ কশ্চন। পরিহারেঽপি লজ্জা মে কিং ব্রুবে পুরুষোত্তম ॥১০

তথাহি—গোস্বামিপাদোক্তঃ শ্লোকঃ।

ন মৃষা পরমার্থমেব মে শৃণু বিজ্ঞাপনমেকমগ্রতঃ। যদি মে ন দয়িষ্যসে তদা দয়নীয়স্তব নাথ দুর্ল্লভঃ ॥১১

**অন্বয়ঃ**।—মত্তুল্যঃ—ঐগা মান্নবা, পাপাত্মা—পাপ চেনবা, কশ্চন—কনামতা নাস্তি—লৈতে, অপরাধিচ—অপরাধি তৌবস্থু, নাস্তি—লৈতে, পুরুষোত্তম—হে পুরুষদগী অথোইবা, পরিহারেঽপি—হায়জগদবদস্থু, লজ্জা—ইকাইবে, কি ব্রুবে—করিবু অমুক হাযগনি। ইতি ॥ ১০ ॥

**অন্বয়ঃ**।— নাথ অগ্রতঃ - হে ইবুংঙো নংগী মাংদা, মে—ঐগী, একংবিজ্ঞাপনং—হাযজবা অমতংবু, শৃণু—তাবিয়ু, পরমার্থং—হায়জবিবসি অরেপ্পনি, এব—লেপ্পা, ন মৃষা—মিনম্বা নত্তে, যদি—মতম অসিদা মে—ঐবু,, ন দয়িষ্যসে—থৌজানবীদ্রবা, তদা—মতমতুদা, তব—নংগী, দযনীয়ঃ—থৌজানফম, দুর্ল্লভ ফংদরোই। ইতি ॥১১॥

নোল্লুকনা থুং লোম্নতুনা হাযজরকলে। ॥ ১৭৭ ॥ থৌজানগী মশক ওইবা শ্রীচৈতন্যবু হন্না ২ খুরুমজৈ। মতিক চাওরবা, তারববু লৌথংপিববু হন্না হন্না খুরুমজৈ ॥ ২৭৮ ॥ অতোনবা জাতি অতোনবা তিন্নবা অতোনবা থবক তৌবা। ঐথোযনা হে প্রভু! ইবুংঙোগী মাংদা হায়জগদবদা ইকাইজৈ ॥১৭৯।

**অনুবাদঃ**।—ঐগা মান্নবা পাপচেনবা কনামতা লৈতে। অপরাধি তৌবস্থু লৈতে। হে পুরুষোত্তম! হায়জগদবস্থু ইকাইরে কবি অমুক হায়গনি। ইতি ॥১০॥

সংসারগী গুহাদা তাববশিংবু লানবীনগীদমকতা নংগী অবতারনি। তারবা অতোপ্পা ঐঙোন্দগী হেনবা অতোনবা জগত্তা অমা লৈতে ॥ ১৮০ ॥ জগাই মাধাই অনিবু ইবুংঙোনা লানবিরিদনা। মথোয়বু লানবীবদা ইবুংঙোগী অন্নাবা লৈতে ॥১৮১ ব্রাহ্মণগী জাতিনি মথোয়না নবদ্বীপ্তা ময়ুমনি। অতোনবগী সেবা তৌদে, অতোনবগী মনাই ওইদে ॥ ১৮২ ॥ পুন্নমক্তা পাপকী মচৎ চৎপা দোষ অমা মথোয়গী লৈ। নংগী নামগী মঙাল্লা পাপকী মপৈবু চাকথেকই ॥ ২৮৩ ॥ নংগী মিংবু লৌতুনা নংগী অকাইববু তৌই। অতুগুম্বা মিংনা মথোয়গী লান্নবগী মরমনি ॥১৮৭॥ জগাই মাধাইদগী কোটি ২ গুণ হেন্না। অতোনবা তারবা পাপচেনবা ওই ঐথোয় অনিদা ॥ ১৮৫ ॥ পাঙনগী জাতি পাঙনগী সেবা তৌবা পাঙনগী থবক তৌবা। যণ, ব্রাহ্মনদা য়েরুবগা লোয়নতুনা ঐথোয়গী তিন্নবনি ॥ ১৮৬ ॥ ঐগী কর্ম্মনা ঐগী ইথুত্তা ইঙক্তা পুন্দুনা। ফত্তবা থবক অমাংবগী কোমদা লংথজরে ॥ ১৮৭ ॥ ঐবু লানবীগদবদা মরোল অহুমদা পাঙ্গলবা লৈতে। লৈথা তারববু লান্বীবদি নংনি পুন্নমক্তা নং নত্তনা লৈতে ॥১৮৮॥ ঐবু লানবীরগা মতমত্তুদা নংগী পাঙ্গন্দো উহল্লু। মতমত্তুদা তারববু লানবীবা মিংদো মহৈ য়ানগনি ॥১৮৯॥ অরেপ্পা য়া অমহৎ হায়জগে তাবিযু দয়াময়। থৌজানগী, ঐথোয় নত্তনা মশক জগত্তা লৈতে। ১৯০ ॥ ঐথোয়দা থৌজানগী মহৈ য়ালহল্লু। অয়াম্বা ব্রহ্মাণ্ডদা নংগী থৌজানগী পাঙ্গলবু উহল্লু ॥ ১৯১ ॥

তথাহি—গোস্বামিপাদোক্তঃ শ্লোকঃ।

**ভবন্তমেবানুচরন্নিরন্তরঃ প্রশান্তনিঃশেষমনোরথান্তরঃ।**
**কদাহমৈকান্তিকনিত্যকিঙ্করঃ প্রহর্ষয়িষ্যামি স নাথ জীবিতং ॥১২**

তথাহি - শিক্ষাশ্লোকঃ।

**পরব্যসনিনী নারী ব্যগ্রাপি গৃহকর্ম্মসু। তদেবাস্বাদয়ত্যন্তর্নবসঙ্গ রসায়নম্ ॥১৩॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—নাথ—হে ইবুংঙো, অহং—ঐনা, কদা— কবিগুম্বদা, তে— নংগী, ঐকান্তিকনিত্যকিঙ্করঃ—অনি 'লাংদনা থাদোক্তনা ননাই ওইহুনা, সঃ অহম্—অসুম্বা ঐনা, জীবতং—পুনসীবু, প্রহর্ষয়িষ্যামি—হরাওহল্লসিবা, ভবন্তং—ইবুংঙোবু, এব—লেপনা, নিরন্তরঃ—অতংপা লৈতনা, অনুচরন্—সেবা তৌহুনা, প্রশান্তনি'শেষ মনোরথান্তরঃ—থোইদোকনা লেপলবা থাকচবা লৈতবা পুক্নিংগী অপাম্বা থুংবা ওইরসিবা। ইতি ॥১২॥

**অন্বয়ঃ**—পরব্যসনিনী—মপুবোইবদা থোইদোকনা রাথল চংবী, নারী— মৌনা, গৃহকর্ম্মসু— য়ুমগী থবক্তা, ব্যাগ্রাপি—থরাই য়াওবী ওইহুনসু, অন্তঃ—পুক্নিংদা, তদেব—মপুবোইবগী লেপনা, নবসঙ্গরসায়নং—নৌনা শানবা অপেনববু, আস্বাদয়তি—থন্দূনতা মরৈ। ইতি ॥১৩॥

---

**অনুবাদঃ**— হে ইবুংঙো। নংগী মাংদা ঐগী হাযজবা অমতংবু তাবিয়ু। হায়জবিবসি অবেপ্পনি, লেপনা মীনম্বা নত্তে। মতম অসিদা ঐবু থৌজানবিদ্রবা, মতম অহুদা নংগী থৌজানফম অমা ফংলরোই। ইতি ॥১১॥

ঐহাক্না মতিক চাদবসি উবদা পুকনিংদা থুক্কংপা ফংলে অহুম্মহকপু নংগী নগুন্দা অপাম্বা পোকই।১৯২॥ মরেপ নেম্বনা অহুম্না থাবু লামহুনা ফাগে নিংই। ঐগী থমোইদা হোগৎলিবা অপাম্বসি অত্তগুম্বনি ॥১৯৩।

**অনুবাদ**:—হে ইবুংঙে! ঐনা করিগুম্বদা নংগী অনি লোংদবা থাদোক্তবা ননাই ওইহুনা অহুম্বা ঐনা পুনসীবু হরাওহল্লসিবা। ইবুংঙোবু লেপনা অতংপা লৈতনা সেবা তৌহুনা, থোইদোক্না লেপলবা থাকচবা লৈতবা পুক্নিংগী অপাম্বা থুংবা ওইহুনা লৈগবা! ইতি ॥১২॥

তারবদা প্রভুনা হায়,— তাও রূপ দবীর খাস। নখোয় নচিন ননাও অনিনা ঐগী কুইরবা ইনাইনি ॥১৯৪॥ ঙসিদগী নখোয়নিগী নমিং রূপ সনাতন কৌরবনি। নোল্লুকপা থাদোকলো, নখোয়গী নোললুকদপা ঐগী পুকনিং কাইরে ॥ ১৯৫ ॥ নোল্লুকপা ইবা লাইরিকপু হন্না হন্না ঐডোন্দা থারকপা। অহুগুম্বা লাইরিক্না মরম ওইহুনা নখোয়গী ব্যবহার থংলে ॥ ১৯৬॥ নখোয়গী থমোইগী অপাম্বা চিঠিনা মরম ওইহুনা থংলে। নখোয়বু তম্বীগে হায়হুনা নখোয়দা শ্লোক থাখিবনি ॥১৯৭॥

**অনুবাদঃ**— মপুরোইবদা থোইদোকনা রাথল চংবী মৌনা যুমগী থবক্তা থরাই য়াওবী ওইহুনসু, পুক্নিংদা মপুরোইবগী লেপনা নৌনা শান্নবা অপেনববু থন্দূনতা মরৈ। ইতি ॥১৩॥

প্রভুনা হায় গৌড়গী মনাক্তা লাকপদা ঐগী কান্নবা লৈতে। নখোয়নি উন্নগে, ঐগী পুক্নিংনা নিংহুনা মসিদা লাকপনি ॥১৯৮॥ অসিগুম্বা ঐগী পুক্নিংগী রাবু কনানা থংদে। পুম্নমকনা হায়নৈ— করিগী রামকেলিদা লাকপনো ? ॥১৯৯॥ নচিন ননাও ২না ঐগী ইফমদা লাকপা ফরে। নয়ুমদা হল্লো পুক্নিংদা

খজিক্তা কিঙ্করমু ॥২০০॥ মপোক মপোক খুদিংদা নখোয় অনি ঐগী ইনাই ওইবনি। থিন্দনা শ্রীকৃষ্ণ-না নখোয়বু লান্‌বীরগনি ॥ ২০১ ॥ অসি হায়দুনা অনিগী মকোক্তা, মখুৎ অনিনা পায়রি। মচিন মনাওনা প্রভুগী চরণবু মকোক্তা হাপ্তুনা পুজরি ॥২০২ অনিমকপু কোনবীরগা ভক্তশিংদা প্রভুনা হায়। ভক্তশিংনা মখোয় অনিদা কৃপা তৌদুনা লানবিরো ॥ ২০৩॥ ভক্তশিংদা প্রভুন, অনিমকতা পীবা কৃপাবু উহল্লবদা। ভক্তশিংনা পুক্রিং নুংঙাইনা হরি হরি শোল্লে ॥ ২০৪ ॥ শ্রীনিত্যানন্দ, হরিদাস শ্রীবাস, গদাধর। মুকুন্দ, জগদানন্দ, মুরারি বক্রেশ্বর ॥ ২০৫ ॥ সভাগী চরণবু কোন্দুনা মচিন মনাওনা তারে। পুম্নমকনা হায় চৈতন্যগোসাঞিগ-ফংলবদা মহৈ ম্নাল্লে ॥২০৬॥ পুম্নমবক্তা য়াথং পো-দুনা চৎলমদাইগী মতমদা। প্রভুগী চরন্দা লোল্লরা খজিক্তং হায়জে ॥ ২০৭॥ মফম অসিদগী লেংলো প্রভুনা মফমসিদা লৈবা কাম্নদে। নংঙোন্দা ভক্তি-দি লৈ তৌইগুম্বস্নুং পাতসা নিংথৌনা ॥২০৮॥ অদু-মকপু পাঙনগী জাতিনি, ফরমগনি থাজদে, অদুগা। তীর্থ চৎপদা মীয়ামসি চৎমিন্নবদা অফবা মচৎ নত্তে ॥২০৯॥ লক্ষ কোটি মীয়াম অসি মানা লোয নবা চৎপা। মসি বৃন্দাবন চৎপগী মথং মনাও থোক্তে ॥২১০ ॥ তৌইগুম্বস্নুং অরেপ্পমক্তি প্রভুগী খজিক্তং অকিবা লৈতে। অদুমকপু মী ওইনা শান্নৈ, মীগী মচংকী মশকনি ॥২১১॥ অসি হায়দুনা খুকম-লগা মখোয় অনিনা চৎথববদা। প্রভুগী পুক্কিংদা খুন অদুদগী লেংলগে থল্লে ॥ ২১২ ॥ নোংঙানবদা চদুনা প্রভুনা কানাই নাটশালাদা লাকসে। মদুদা শ্রীকৃষ্ণগী লমচৎ, শান্নখিবা পুম্নমক উববে ॥২১৩॥ মদুদা অহিং লৈবদা প্রভুনা পুক্কিংদা মওন মওন খল্লি। সনাতন্না হায়খি— মীয়ামনা য়াইচিনবসি আরুবা নত্তে ॥ ২১৪ ॥ শ্রীবৃন্দাবন চৎপদা ঐনা অসিগুম্বা মীয়ামসি পোযনবদা। খজিক্তং নুংঙাইবা ফংলবোই কায়রনি ॥২১৫॥ ইতোমতা চৎপা নত্রগা মী অমতং লায়নবা। মতমদুদা মদুনা শ্রীবৃন্দাবন চৎপদা ৎবগনি ॥২১৬॥ অসি খন্দুনা নোংঙানবদা, গঙ্গাদা স্নান তৌরগা। নীলাচন্দা চৎলগে, হায়দুনা গৌবচবিনা হল্লকলে ॥২১৭॥ মতৌ অম্রুমনা চৎ-লক্তুন, শান্তিপুরদা লাকলে। নুমিৎ ৫নি, ৭নি অদ্বৈতগী মযুমদা লৈরে ২১৮॥ শচী দেবীবু কৌ-কদুনা মঙোন্দা থৃকমজে। নুমিৎ তানৎনি শচীগী মফমদা ভীক্ষাগী নিয়ম লৌই ॥ ২১৯ ॥ শচীগী মফমদগী প্রেম চংনবগী য়াথং লৌরগা। প্রভুনা ভক্তশিংগী মফমদগী নোল্লকনা বিদায় লৌরে ॥২২০। মী অনিদং লোইনদুনা ক্ষেত্রদ, ঐনা চৎলগে। রথ-যাত্রদা লাকউ ঐগা মদুদা উনসি ॥ ২২১ ॥ বল-ভদ্রভট্টচার্য্য, দামোদর পণ্ডিত। ২গা লোযননা প্রভুনা নীলাচলদা লেংলক্লে ॥ ২২২ ॥ নুমিৎ খরা ক্ষেত্রদা লৈবগা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎলি। অহিংদা— লোক্তুনা চৎখি কনাগুম্বা মীনা খংদে ॥২২৩॥ বলবট্ট ভাট্টাচার্য্যগা লৈমিন্নবনি, চৎমিন্নবনি। য়াবিথগুগী লম্বীদা লাক্তুনা কাশীদা য়োরবদা হরাওরে ॥২২৪ কাশীদা নুমিৎ মবিনি লৈবগা বৃন্দাবন্দা লাক্লে। মথুরা উবগা দ্বাদশবন্দা লাক্তুনা য়েংলরে ॥২২৫॥ শ্রীকৃষ্ণলীলাগী মফম উবদা প্রেমদা তপ্তুরা ওইরে। বলভদ্রনা ইবুংঙোবু বৃন্দাবন্দগী পুথোক্লক্লে ॥ ২২৬ ॥ গঙ্গা মপানগী লম্বীদা পুরক্তুনা প্রয়াগতা লাক্লে। মদুদা শ্রীরূপ লাক্তুনা প্রভুগা তিন্নজরে ॥ ২২৭ ॥ দণ্ডবৎ তৌনা শ্রীরূপনা লৈবাক্তা তাররে। য়াম্না নুংঙাইবে প্রভুনা নুংশিনা কোনবীরে ॥ ২২৮। শ্রীরূপকী মফমদা ভক্তি তম্বীরগা বৃন্দাবন্দা থা-খরে। ইবুংঙোনা বরানসীদা লেংলকলে ॥ ২২৯। কাশীদা লাকতুনা সনাতন্না প্রভুগা তিন্নজরে। থা ২ লৈবগা সনাতন্দা কৃষ্ণ ভক্তিবু তম্বীরে ॥২৩০

সনাতন্দা ভক্তি পাঙ্গল পীবিরগা বৃন্দাদন্দা থাখ্রে। কাশীগী সন্ন্যাসশিংদা কৃপা তৌরগা নীলাচলদা লেংলকলে ॥ ২৩১॥ অসুম্না চহি তকক চুপনা প্রভুনা শান্নে। করিগুম্বদা হন্দোক হঞ্জিন চৎলি, কবি গুম্বদা ক্ষেত্রদা লৈ ॥২৩২॥ ( প্রভুনা অতংপা লৈতনা মুংঙাইনা ভক্তশিংগা লোয়নত্তুনা সঙ্কীর্ত্তনবু শান্নে। জগন্নাথ দর্শন্দা প্রেমগী শান্নববু তৌই। ) ॥২৩৩॥ মধ্যলীলাগী সুত্রগী মশক অসুম্না শিংথারে। হৌজিক ভক্তশিংনা অন্তলীলাগী সুত্র তাবিবো ॥ ২৩৪ ॥ শ্রীবৃন্দাবন্দগী নীলাচলদা লাকত্তুনা—লৈররবদা প্রভুনা। কবিগুম্বা মফমদা চৎথোক্তুনা ক্ষেত্রদা চহি তরানিপান চুপনা লৈ ॥২৩৫॥ অয়াম্বা গৌবগী ভক্তশিংনা ক্ষেত্রদা লাকত্তুনা। থা মরি লৈত্তুনা প্রভুগা তিন্নত্তুনা চান্নিন্নে ॥২৩৬॥ অতংপা লৈতনা জগোই শাই ঈশৈ শক্তুনা শান্নমিন্নে। চণ্ডাল ফাওবা প্রেম ভক্তিবু তম্বীত্তুনা চৎহল্লি ॥২৩৭॥ শ্রীগদাধবগোসাঞিনা ক্ষেত্রদা লৈগৌই। বক্রেশ্বর দামোদর, শঙ্কর, হরিদাস ঠাকুর ॥২৩৮॥ জগদানন্দ, ভগবান গোবিন্দ কাশীশ্বর। পরমান্দপুরী অমদি স্বরূপদামোদর ॥ ২৩৯ ॥ রামানন্দ অমদি সার্ব্বভৌমনচিংবা ক্ষেত্রদা লৈবা। পুন্নমকসিনা থোগনত্তুনা ক্ষেত্রদা তাত্তুম্মক লৈরে ॥ ২৪০ ॥ অদ্বৈত, শ্রীবাস, নিত্যানন্দ. মুকুন্দ। বিদ্যানিধি, বাসুদেব, মুরারি অয়াম্বা মনাইশিং ॥ ২৪১ ॥ অসিনা চহি খুদিংগী ল্যাক্তুনা থা মরি লৈম্মিন্নে। মথোয়গা লোয়ননা প্রভুনা মথঙ্গ মথা য়ামনা শান্নে ॥২৪২॥ অত্তুম্বা হরিদাসগী সিদ্ধি কংবদো ময়ামগী অঙকপনি, মহাপ্রভু ইবুংঙোনা মাগী মহুত্তা কৃষ্ণগী মহোৎসব তৌই ॥ ২৪৩ ॥ অত্তুগী মতুংদা রূপগোসাঞিগী অপাম্বনা হন্না ক্ষেত্রদা লাকপা। প্রভুনা রূপকী থমোইদা তৌবা ঙমহনবা কৃপাবু পীবিখি ॥২৪৪ অত্তুগী মতুংদা ছোট-হরিদাসদা প্রভুনা দণ্ডি তৌই। দামোদর পণ্ডিতকী প্রভুদা রাহৈনা দণ্ডি তৌবা ॥২৪৫॥ মতুং অত্তুদা সনাতন্না বৃন্দাবন্দগী অমুক হন্না ক্ষেত্রদা লাকপা। কালেনথাদা প্রভুনা মঙোন্দা পবিক্ষা তৌখিবা॥ ২৪৬ ॥ লেপ্লত্তুনা প্রভুনা মাবু বৃন্দাবন্দা থাখি। শ্রীঅদ্বৈতগী থৃত্তগী প্রভুগী অঙকপা লুক হাখি ॥ ২৪৭ ॥ শ্রীনিত্যানন্দগা প্রভুগা চিক্না রাতান্নে অত্তুদগী। মাবু গৌড়দেশদা থাত্তুনা প্রেমভক্তিবু শন্তোকহল্লি ॥ ২৪৮ ॥ অত্তুগী মতুংদা বলভট্টনা লাক্তুনা প্রভুগা তিন্নখি। কৃষ্ণনামগী অর্থবু প্রভুনা মঙোন্দা হায়খি ॥২৪৯॥ রামানন্দগী মফমদা প্রভুনা প্রদ্যুম্নমিশ্র খাত্তুনা। কৃষ্ণগী ভক্তি তমহল্লবা, মাগী মগুণবু প্রভুনা হায়বা। ২৫০ ॥ রামানন্দগী মনাও গোপীনাথ পট্টনায়কপু। প্রতাপরুদ্ররাজানা হাংকে তৌবদগী প্রভুনা কনবিবা ॥২৫১॥ বামচন্দ্রপুরী কিবদগী ভিক্ষাবু হন্থনা লৌবা। বৈষ্ণবশিংগী অন্নাবা উবদগী ভংথাই হেনগৎপা ॥২৫২॥ ব্রহ্মাণ্ডগী মমুংদা মরোল তরামরি লৈবা। মরোল তরামরিদ, লৈবা অয়াম্বা জীবশিংনা ॥২৫৩॥ যাত্রিক্কী মবৈ তৌত্তুনা মীগী যিজেৎ শেত্তুনা। নীলাচলদা লাক্তুনা মহাপ্রভুবু দর্শন তৌরে ॥২৫৪॥ নোংমগী মুমিত্তা শ্রীবাসনচিবা অযাম্বা ভক্তশিংনা মহাপ্রভুগী গুণ শক্তুনা সঙ্কীর্ত্তন তৌই ॥ ২৫৬ ॥ তাবদা প্রভুনা অশাওবা রাহৈনা ভক্তশিংদা হায়। গুণ অমসুং কৃষ্ণগী নাম্বু থাদোক্তুনা করিবু শকলিবা ॥ ৫৬॥ লমহেন্নগা পুম্নমক্কী পুক্নিং হন্নাওই। পুম্নমক্না মনিংতম্বনা জগৎ অসি মাংলগনি ॥ ২৫৭ ॥ হায়রিঙৈ মতম অত্তুদা মাইকৈ তারাগী মিম্নাম কোটি কোটি থুংলরে। জয় কৃষ্ণ চৈতন্য, লোম্দুনা নিলথোংববু তৌররে ॥ ২৫৮ ॥ শ্রীনন্দগী মচানা শাইওনবা মহাপ্রভুবু থুরুমজৈ থুরুমজৈ। জগৎপু লানবীনবগীদমক্তা নংনা অবতার তৌবনি ॥২৫৯॥ য়ামনা লাপথ্রবদগী লাকচবনি। য়াম্না রাজরবনি।

দর্শনবু পীবিযু প্রভুনা মহৈ য়াওহনবিযু ॥২৬০॥ মী-য়ামগী নোম্লুকপা তারবদা ও'ভগী থমোই পেল্লহুনা। মপান্দা থোক্লকতুনা থৌডানহৈবনা দর্শন পীবি ॥২৬১॥ প্রভুনা পাম্বোম থাঙহনুনা হবি হরি শোম্লু হায়রকই। শোন্দুনা হৌগৎলকপা হরিগী খোন-জেল্লা মাইকৈ মরি থল্লে ॥২৬২॥ প্রভুবু উবদা— প্রেমদা মীয়ামত্থগী পুকনিং মুংডাইবে। প্রভুদা ঈশ্বরনি হায়না হায়জববু তৌজৈ ॥২৬৩॥ হায়-জবত্থ তাবদা শ্রীবাসনা প্রভুদা হায়বকই। যুমদা লোৎশিল্লো, কবিগী মপান্দা ফোংতোকলি ॥২৬৪॥ মীয়ামসিদা কনানা তম্বীবনো হায়বিবসি করি—য়াহৈনো। মখোয় পুম্নমকসিগী মচিন্দা নখুৎনা কুপ্পু থাম্মু ॥২৬৫॥ অহুমনা মুমিৎনা থোক্লকপদা লোৎশিনগে থনবদা। ভমদবগুম্বনি, অহুম হায়না নংগী লমচৎপু থংবা ভমদে। ২৬৬॥ প্রভুনা হায়— শ্রীবাস লাকনববু থাদোকলো।ময়া তিন্নহুনা ঐবু কয়ামরুম লাক্লখিগদগে। ২৬৭ অসি হায়হুনা মীয়ামদা থৌজানগী মিৎয়েংপীরম্লগা মন্দিরগী মনুংদা লেংশিনখরে, মীয়ামগী অপাম্ থুংখরে ॥ ২৬৮ ॥ শ্রীরঘুনাথদাসনা শ্রীনিত্যানন্দদ চত্থুনা। চেংপাক শঙ্গোমগী মহোৎসব মত্থদা তৌখি ॥ ২৬৯ ॥ মাগী য়াথংনা পুদুনা প্রভু চবণদা চংজরৈ। প্রভুনা মীবু স্বরূপকী মফমা শিন্নবিখি ॥ ২৭০ ॥ ব্রহ্মানন্দ ভারতীগী শ মউন হোংদোকহল্লি। মতৌ অম্নুমনা চহি তরুব লীলাবু সুত্র ওইনা তৌজরে ॥ ২৭১ ॥ মধ্যলীলা মশকপু সুত্রশিংনা হায়জবে। অন্ত্যলীলাগী সুত্র মশকপু শন্তোকনা হায়জগে ॥ ২৭২ ॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চবণদা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥ ২৭৩ ॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা মধ্যলীলাগী সুত্র হায়বা অহানবা পরিচ্ছেদনি।

# দ্বিতীয় পরিচ্ছেদ

বিচ্ছেদেঽস্মিন্ প্রভোরন্ত্যলীলাসূত্রানুবর্ণনে। গৌরস্য কৃষ্ণবিচ্ছেদপ্রলাপাদ্যনুবর্ণ্যতে ॥১॥

তথাহি—জগন্নাথবল্লভ নাটকে তৃতীয়াঙ্কে নবমশ্লোকে মদনিকাং প্রতি শ্রীরাধিকার বাক্য। ৩।৯

প্রেমচ্ছেদরুজোঽবগচ্ছতি হরির্নায়ং ন চ প্রেম বা স্থানাস্থানমবৈতি নাপি মদনো জানাতি নো দুর্বলাঃ অন্যো বেদ ন চান্যদুঃখমখিলং নো জীবনং বা শ্রবম্। দ্বিত্রাণ্যেব দিনানি যৌবনমিদং হা হা বিধে কা-গতিঃ ॥২॥

---

অন্বয়ঃ।— অন্ত্যলীলা সূত্রঅনুবর্ণনে— অরোইবা লীলাগী সূত্র শিংথাবদা, অস্মিন্— অসিগুম্বা, বিচ্ছেদ—পরিচ্ছেদদা, প্রভোঃ গৌরস্য—গৌরাঙ্গ প্রভুগী, কৃষ্ণবিচ্ছেদ প্রলাপাদি—শ্রীকৃষ্ণ কাইনবদগী পোকপা পংঙাংতা ঙাংবনচিংববু, বর্ণ্যতে—শিংথারি। ইতি ॥১॥

অন্বয়ঃ —অয়ং—অসিগুম্বা, হরিঃ— শ্রীকৃষ্ণনা, প্রেমচ্ছেদরুজঃ—মুংশিবা কাইনবগী অন্নাববু, ন অবগচ্ছতি—খংদে, চ—হন্না, প্রেমবা— প্রেমনস্তু, স্থানাস্থানং—মফমনি মফম নত্তে, ন অবৈতি— খংদে, মদনোঽপি—কনামনস্তু, নঃ—ঐখোযবু, দুর্বলাঃ—পাঙ্গল লৈতবীনি, নজানতি— খংবিদে, চ— অমস্তুং, অন্যঃ—অতোপ্পনা, অন্য দুঃখং—অতোপ্পগী অন্নাবা, অখিলং—অম্নাম্ববু, নবেদ—খংদে, বাজীবনং—পুন্সি পুন্নমকস্তু, ন আশ্রবং—লেপতবনি, ইদং—অসিগুম্ব', যৌবনং— মথোং কারকপস্তু, দ্বীত্রিনিদিনানিএব—লেপনা নিনি হুম্নিতনি, হা হা—অন্নাবনি ২, বিধে—হে বিধাতা, কাগতিঃ—করিনো। ইতি ॥২॥

---

**অনুবাদঃ।**—অরোইবা লীলাগী সূত্র শিংথাবদা অসিগুম্বা পরিচেছদদা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী শ্রীকৃষ্ণ-কাইনবদগী পোকপা পঙাংতা ঙাংবনচিংববু ঐনা শিংথারি। ইতি ॥১॥

শ্রীগৌরচন্দ্রবু হন্না হন্না থুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু থুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু থুরুমজৈ গৌর ভক্তশিংবু থুরুমজৈ ॥১॥ অরোইবদা প্রভুগী অচুগুম্বা চহি তরানিথোই লৈরিবদো। অতংপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী কাইনববু ফাওরক্লে ॥২॥ উদ্ধব উবদা শ্রীরাধাগী অচুম্বা মচং ওইবা। অচুগুম্বা ময়াই কাবদো প্রভুগী অহিং হুংখিন্দা ওইরে ॥৩॥ অতংপা লৈ-তনা প্রভুগী কৃষ্ণ কাইনবগী ময়াই কারদুনা অওক-পগী মচং ওইরদুনা ততুনা পংঙাং ঙাংবা ওইরে ॥৪॥ তুখোং খুদিংদা ঈ মরিক মরিক ফাওই, য়া পুন্নমক হাইরে। ক্ষণ অমা হকচাং পিকশিল্লি, ক্ষণ অমনা হকচাং চাওথোকই ॥৫॥ অহিংদা গম্ভীরা মন্দিরগী মনুংদা মিকুপ অমতা তুমদনা লৈরগা। ফকলাংদা মাইনা কোকনা, তকপদা পুন্নমক থেং-বাংলে ॥৬॥ গম্ভীরাগী থোংলোল অচুসু হাংত্তোক-তনা মপান্দা লাম্থোক্কুনা। করিগুম্বদা সিংদ্বারদা, করিগুম্বদা সমুদ্র মপান্দা তারম্মী ॥৭॥ চতক পর্বতপু ঊরগা শ্রীগোবর্দ্ধননি খন্দুনা ঙকলে। কপ্পুনা অন্নাবা খোজেম্মা লাওদুনা প্রভুনা চেন্দুনা চংলি ॥৮॥ অমবু ইংথোনবু উবদা শ্রীবৃন্দাবননি

খন্দুনা। মত্থদা চংতুনা জগোই শাট, ঈশৈ শকই, ক্ষণ অমা রাম্বে ॥৯॥ অত্থ অত্থগুম্বা পুকচেলগী শকফমদো কদায়দস্থ তাদে। অত্থগুম্বা পুকচেলগী শকফমদো প্রভুগী হকচাংদা ফোংতোকই ॥ ১০ ॥ খুংকী খোংগী অয়াম্বা তাংশিংদা হুই অমমম শাং-তোকই। তাং হিক্তোক্তুনা শয়দবে মফমদো উন-শাতনা ফাত্থনা লৈ ॥১১॥ খুং, খোং, কোক পুম্ন-মক হকচাংগী মনুংদা। চিংশিন্দুনা চংথবে প্রভুদো খেঙ্গুগুম্না উরে ॥ ১২ ॥ মতৌ অম্নুমনা অঙকপা পুকচেলগী শকফম্থ হকচাংদা ফোংতোকই। পুক-নিংদা ইহাং হাংই, রাহৈদা অরাবা খোম্থোক্লি ॥১৩॥ করি তৌরগা, কদাইদা শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনবু ফংগব। ঐগী থরাহগী মপু মুরলীবু চিন্দা থোংববু কদাইদা লৈবা ॥১৪॥ কনাদা হায়সিবা, কনানা ঐগী অব-ববু থংগবা। শ্রীব্রজেন্দ্রনন্দনবু নত্তনা ঐগী পুকপু কাইরে ॥ ১৫ ॥ মতৌ অম্নুমনা বিলাপ তৌই খমোইদা ঙাওরে। শ্রীরামানন্দগী জগন্নাথ বল্লভ নাটককী শ্লোকপু তত্তনা থিরী ॥১৬॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীরাধানা হায় অসিগুম্বা হবিনা মুংশিবা কাইনবগী অরাববু থংদে। মুংশিবনস্থ মফমনি মফম নত্তে থংদে অপাম্বনস্থ ঐখোয়বু পাঙ্গল লৈতবীনি থংবিদে। অমম্নুং অতোপপনা অতোপপগী অয়াম্বা অরাববু থংদে। অত্থগা পুনসি পুন্নমকস্থ লেপ্তবনি, অসিগুম্বা মখোং কারকপস্থ নিনি হুমনিতনি, অরাবনি অরাবনি হে বিধাতা! নংগী নোংদমসি করিনো? ইতি ॥২॥

চোংলবা মুংশিবগী মখোনবু, অত্থগুম্বা অরাবগী—মশৈনা খুদেকলে, শ্রীকৃষ্ণনা মংবু থক্তরে। কৃষ্ণনা মলান্দনা শাম্নহৈরে, মন্থুদনা মীনম্বগী থবক্লি, রাম্না [illegible] মলীবু হাংথল্লা চংখোক্লি ॥১৭॥ হে ইতা! [illegible] থবাতপদা। মুংঙাইনবগী মুংশিবা-গং, ওন্নবে অরাবা ওইরে, লৈরবোই হৌজিক থরাইসি থারগনি ॥১৮॥ অখোয়ব মুংশিবনা পংত্থনা মফমনি মফম নত্তে থংদে, অফবা ফত্তবা থনবা ঙমদ্রে। মুংশি হৈবা শুপগী থৌম্নিনা, খুত্তা, ভক্তা, পুন্নবা ঐঙোন্দা; নাম্থোকপা ঙমহন্দনা, থম্বীরে ॥১৯॥ অত্থগুম্বা কামদো মশাদি লৈত্তে, অতোপ-পবু বাহনবদা চংখোল্লি,, তেন মঙানা থাই অতংপা লৈতনা। শুম্নাংপা. ময়াইকাবা, কংহনবা চাক-হনবা, ফকচনবা মঙাসিনি। পাঙ্গল লৈতবীগী—হকচা দ, থাবে হিকথহল্লে, অরাবা পীরি থরাইস্থ হাওে ॥ ২০ ॥ অত্থগুম্বা অতোপপগী পুকনিংদ রাববু অতোপপনা থংদে, মসিমক লাইবিকন হাযবা অচুম্বনি। অতোপপা মীগীদি করিবু হায়-গনি, থরাইগী চান্নবী ইতানা থংদে, মরম অচন ঐবু তপথনববু হাযউ ॥ ২১ । শ্রীকৃষ্ণদি থৌজানগী ঙমথেনি, করিগুম্বদা নংবু থৌজানবিরক্কনি, হায় রিবা নংগী রাহৈদো, হে ইতা। অরেম্বনি। জীবগী পুনসিদি লেপতে, থমনাদা পকপা ঈশিংগুম্বগী অত্থক ওইবা মুমিংশিংবু হিংলিব কনাগুম্বং ॥ ২২ ॥ চহি চামনা লোম্বদা, জীবগী পুনা লোম্বনি, অম্নুম্না হাযরিবা রাহৈসিদা— কনা থম্বদাব। মুপীগী মখোং কারকপা লননি, মত্থু কৃষ্ণগী পুকনিংনা থম্মী, অত্থগুম্ব মখোং কারব পদো মুমিং অনি মরিতনি ॥ ২৩ ॥ —— অত্থম হায়না মৈনা মঙানবু, নিংথিরনা উহল্ল মৈরানবীবু চিংশিনত্থনা হাংলি। অত্থগুম শ্রীকৃষ্ণনা মগুণবু, উহন্দুনা পুকনিং হুরগা, মত্থু অরাবগী সমুদ্রদা থাদরে ॥ ২৪ ॥ অম্নুক গী বিলাপ তৌই, শ্রীগৌরহরিনা চাত্থনা [illegible] খোং হাংতোকথবে। রাথজগী ইশকী শাঙ্গ অয়াম্বা মশক্তা পুক্লিনা চংলি, অত্থনা অত্থ [illegible] অমা থিরকদে ॥২৫॥

তথাহি—গোস্বামিপদোক্তঃ শ্লোকঃ।

শ্রীকৃষ্ণরূপাদিনিষেবণং বিনা ব্যর্থানি মেঽহান্যখিলেন্দ্রিয়াণ্যলম্।
পাষাণশুষ্কেন্ধনভারকাণ্যহো বিভর্ম্মি বা তানি কথং হতত্রপঃ ॥৩॥

তথাহি - জগন্নাথ বল্লভনাটকে তৃতীয়াঙ্কে একাদশশ্লোকে শ্রীরাধিকাবাক্যম্

যদা যাতো দৈবান্মধুরিপুরসৌ লোচনপথং তদাস্মাকং চেতো মদনহতকেনাহৃতমভূৎ।
পুনর্যস্মিন্নেষ ক্ষণমপি দৃশোরেতি পদবীং বিধাস্যামস্তস্মিন্নখিলঘটিকা রত্নখচিতাঃ ॥৪॥

অন্বয়ঃ।—শ্রীকৃষ্ণরূপাদি নিষেবণং—শ্রীকৃষ্ণগী শরুচিংববু সেবা তৌবা, বিন'—নহেনা, মে— ঐগী, অহানি—হিংগলবা নুমিৎশিংদা, অখিলইন্দ্রিয়াণি—অয়াম্বা ইন্দ্রিশিংসি, অলম্—থোইদোকন', ব্যর্থানি—অরেম্বনি, হতত্রপঃ—ইকাইবা থংদ্রবা ঐন', তানি—অদুগুম্বা, পাষাণশুষ্কেন্ধন ভাবকাণি—শীং অকংবা, নুংতুম অরুম্বগুম্বা ইন্দ্রিশিংবু, অহো—ওন্থোকপনি, কথংবা— করম্নস্নু, বিভর্ম্মি—পুবসিবা । ইতি ॥৩॥

অন্বয়ঃ—অসৌ—অসিগুম্বা, মধুরিপুঃ—শ্রীকৃষ্ণন', দৈবাৎ—নোংদমদগী, যদা—মতমতুদা, লোচনপথং—মিৎকী উফমদা, যাতঃ—ফংলরবা, তদা—মতম অদুদা, মদনহতকেন—এরবা কামন', অস্মাকং—ঐখোয়গী, চেতঃ—পুক'নংবু, আহৃতং—হুবা, অভূৎ—ওইখি, পুনঃ— অমুক হন্না, যস্মিন্— মতমঅদুদা, এষঃ—শ্রীকৃষ্ণ অসিনা, ক্ষণমপি—ভাহাক্তং চুপনা, দৃশোঃ— মিৎ অনিগী, পদবীং—উফমদা, এতি— ফংবা, তস্মিন্— মতম অদুদা, অখিল-ঘটিকাঃ—অয়াম্বা মতমশিংবু, রত্নখচিতাঃ—মনা থাম্ববু, বিধাস্যামঃ—তৌজগনি। ইতি ॥৪॥

**অনুবাদঃ**— শ্রীকৃষ্ণগী শরুচিংববু সেবা তৌবা নত্তনা ঐগী হিংলিবা নুমিৎশিংদা, অয়াম্বা ইন্দ্রিশিংসি থোইদোকনা অরেম্বনি। ইকাইবা থংদ্রবা ঐনা অদুগুম্বা শীং অকংবা, পুংতুম অরুম্বগুম্বা ইন্দ্রিশিংবু ওন্থোকপনি, করম্নস্নু পুরসিবা। ইতি ॥৩।

বাশী খোঙ্গেন অমৃতগী লৈকম, অরু-অহেনবা—অমৃতগী পোকফম, অদুগুম্বা মাইথোং থাবু উল্লিবা মীতুনা। অদুম্বা মিৎতুনা করি তৌনগনি, মাগী মকোক্তা বজ্র তাসন্নু, অদুগুম্বা মিত্তো পাল্বগী করি কান্নগনি ॥২৬॥ হে ইতা! তাও ঐগী নোংদম থিবগী পাঙ্গলনি। ঐগী পুকনিং লৌশিং হকচাং অয়াম্বা ইন্দ্রিগী মরুপনা, কৃষ্ণবু নত্তনা পুম্নমক অরেম্বনি ॥২৭॥ শ্রীকৃষ্ণগী থুমলবা রাহৈনা অমৃতগী তুরেন ওইরে। মতুনা মীতুগী নাকোংদা চংদ্রিবা। অদুগুম্বা নাকোংদো অপংবনি তীনখুলগা মান্নবে, মাগী মপোক্তো অবেম্বনি। ২৮॥ কস্তুরীগা থম্বাল অশংবগা, তিন্নবগী অদুগুম্বা মনম নুংশিবা মাগী ঐ হাযনা থোয়বব্ মানা হুরিবা। অদুগুম্বা কৃষ্ণগী হকচাংগী মনম, অদুবু মাতুনা ফংদ্রিবা, অদুগুম্বা নাত্তোনদো মৈহুমগা মান্নরে ॥২৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী অধরামৃত, শ্রীকৃষ্ণগী নমচৎনা, অমৃতগী থোইদোকপা মহাওবু হাওহন্দবা। মাগী অদুগুম্বা মহাওদো থংদ্রবা, মীতুনা পোক্লগা করিগী শিন্দ্রিবা ॥৩০। অদুগুম্বা লৈযেংদো হঙোইগী লৈয়েংগুম্বনি, শ্রীকৃষ্ণগী খুং, থোংদোলনা থা কোটিগী অইংববু ভমজ্জে, মহুবু শোকপদা স্পর্শমণি শোকপগুম্বনি। মীতুনা মাবু শোকত্রিবা, মহুবু তুম্না মাঙলসন্নু, অদুগুম্বা হকচাংদো য়োংকা মাম্নৈ থংউ ॥৩১॥ অস্নুক ওইবা বিলাপপু তৌতুনা, প্রভু শ্রীশচীনন্দনা, থমোইগী

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে দশমস্কন্ধেৎত্রিংশাধ্যায়স্য প্রথমশ্লোকস্য বৈষ্ণবতোষণীধৃতপ্রাকৃতপদ্যম্—

**কইঅবরহিঅং পেম্মং নহি হোই মাণুষে লোএ জই হোই কস্স বিরহো বিরোহে হোন্তম্মি কো জীঅই ॥৫॥**

তথাহি—মহাপ্রভু শ্রীমুখোক্তঃ শ্লোকঃ ।

**ন প্রেমগন্ধোঽস্তি দরাপি মে হরৌ ক্রন্দামি সৌভাগ্যভরং প্রকাশিতুম্ ।**
**বংশীবিলাস্যাননলোকনং বিনা বিভর্মি যৎ প্রাণপতঙ্গকান্ বৃথা ॥৬॥**

**অন্বয়ঃ** ।—মানুষে লোএ—মীওইবগী মপোকতা, কই অবরহিঅং—লৌনমদবা, পেম্মং—মুংশিবনা, নহিহোই—ওইদে, জই হোই—ওইরবদি, কস্স—কনাগী, বিরহঃ ন—কাইনরোই, বিরহঃ—কাইনরবদি, কোম্মি—কনানসু. ন জীঅই—হিংলোই । ইতি ॥৫

**অন্বয়ঃ**—শ্রীগৌরাঙ্গনা, হরৌ— শ্রীকৃষ্ণদ , দরাপি— খজিক্তসু, প্রেমগন্ধঃ— মুংশিবগী মরিকনা, মে—ঐগী, নাস্তি—লৈতে, সৌভাগ্যভবং -য়ামনা লাইবক ফববু, প্রকাশিতুং— উৎনবগীদমক্তা, ক্রন্দামি—ঐনা কপলিবনি, যৎ— মরমসিদগী, বংশীবিলাস্যাননলোকনংবিনা — বংশী থোংবা মাইথোংবু উদনা, প্রাণ পতঙ্গান্—থৱাই কৌজেংশিংবু, বৃথা—অরেম্বদা, বিভর্মি - ঐনা পুরিবনি । ইতি ॥৬॥

অৱাববু হাংদোক্তুনা । নোল্লুকপা, মুংনাংবা অৱাবা থমোইগী হরাওদবা ওইতুনা, অমুক হন্না শ্লোক অমা থিরক'ল ॥৩২॥

**অনুবাদ** :— শ্রীরাধানা সখিদা হায়বা অসি-গুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা নোংদমদগী মতম অতুদা মিংকী উকমদা উবা ফংলবা, মতম অতুদা একুনবা কামনা ঐথোয়গী পুকনিংবু হুথিতুনা য়েংবা— পেনদে । অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণ অসিনা মতম অতুদা ডাহাক্তং চুপনা মিং অনিগী উকমদা উবা ফংলরবা মতম অতুদা অয়ামুবা উবা ফংলীবা — মতমশিংবু ঐথোয়না য়ানা থাম্ববু তৌজগনি ।ইতি ॥ ৪ ॥

অতুগুম্বা মতমদা অমদি মংদা, শ্রীকৃষ্ণবু উজবা মতম অতুদা মাংনবা একুনবা অনি লাকই। মুংডাইবা, অমদি, কাম, অনিনা ঐগী পুকনিংবু হুথিতুনা, মিং শেমনা উজ্বববু কংথিদরে ॥ ৩৩ ॥ মতম অতুদা কাম্রিগুম্বা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণবু উজররবা, মতম অতুদা অতুগুম্বা পুং, মিংকুপ পঙশিংবু । লৈ পরেং চন্দন পিতুনা, য়ানা অয়াম্বা ফিজেৎ, পুয়মকনা লৈতেংঙববু তৌগনি ।৷৩৪ ॥ ডাহাক্তং পুকনিংনা মপানদা ওইবদা মাংদা স্বরূপ, রামানন্দবু উবদা, মথোয় অনিদা হংই - ঐনা জ্ঞান মাংলবরা ? করিনো মংগুম্বা উবে, করিনো ঐনা পংডাং ডাংলিবরা, নথোয় অনিনা খজিক্তংবু নোল্লুকপা ওইনা তাবরা ? ॥৩৫॥ ঐগী থৱাইগী চান্নবা নথোয়না তারো । শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী লনবু লৈতরে, ঐগী পুনসিদা লাইররে, ঐগী ইম্রি পুয়মকসি অরেম্বা তারে ॥৩৬॥ অমুক হন্না অৱাবনি অৱাবনি হায়, তাও, স্বরূপ, রামানন্দা । মসিনা ঐগী থমোইদা অরেপ্পনি । তারগা থল্লু, ওইনি ওইরোই লেপনা হায়য়ু । অসি হায়তুনা শ্লোক থিরকলে ॥৩৭॥

**অনুবাদঃ**—মী ওইবগী মপোকতা লৌনমদবা* কৃষ্ণবু মুংশিবনা ওইরোই, ওইরবদি কনাগীসু—কাইনরোই কাইনরবদি কনানসু হিংলোই ইতি ॥৫॥

তথাহি—বিদগ্ধমাধবে ২ অং ১৮ শ্লোকঃ নান্দীমুখীং প্রতি পৌর্ণমাসীবাক্যম্ ।

**পীড়াভির্নবকালকূটকটুতাগর্ব্বস্য নির্ব্বাসনো নিঃস্যন্দেন মুদাং সুধামধুরিমাহঙ্কারসঙ্কোচনঃ ।**
**প্রেমা সুন্দরি! নন্দনন্দনপরো জাগর্ত্তি যস্যান্তরে জ্ঞায়ন্তে স্ফুটমস্য বক্রমধুরাস্তেনৈব বিক্রান্তয়ঃ ॥৭**

**অন্বয়ঃ** —সুন্দরি—হে সুন্দরি নান্দী মুখি, পীডাভিঃ—অৱাবা থিবিকনা নবকালকূট-কটুতা গর্ব্বস্য নির্ব্বাসনঃ—অনৌবা কালকূট কৌবা হূগী অথাবা নাপনবু মাংহনবা, মুদাং— নুংঙাইবা, নিঃস্যন্দেন —থোবূলকপনা, সুধা মধুরিমাহঙ্কাব সঙ্কোচনঃ—অমৃতগী অথুমবা নাপনবু হন্থহল্লবা, নন্দনন্দনপরঃ—থোই-দোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা, প্রেমা —নুংশিবনা, যস্য—মাগী, অন্তরে—থমোইদা জাগর্ত্তি— ফাওররবদা, তেন —মাতনা, এব—লেপনা, অস্য—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী, বক্রমধুরাঃ—অৱাবা অমসুং নুংঙাইবা, বিক্রান্তয়ঃ—মপাঙ্গল পুন্নমকথু, স্ফুটং—ফাওনা, জ্ঞায়ন্তে—থংগদবা ওই । ইতি ॥৭॥

মশাগী নত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী দমক নুংশিবদি, অশেংবা স্না গুম্বনি, অদুগুম্বা নুংশিবদো মীওইবদা ওই-বোই । মানা মতম অদুদা ফংলববদা, মী অদুগী কাইনরবোই, কাইনরবদি কনানসু হিংলরোই ॥৩৮। অসি হায়দুনা শচীগী মচানা অঙকপা শ্লোকপু থি-রকই, পুক্নিং অমতা ওইদুনা অনিনা তাজরি। ঐগী থমোইগী মশকপু হায়গদবদা ইকাইজবনি, অদুমনা ওইদুনমকপু ইকাইবগী মকুবু চাদুনা হায-রবনি ॥৩৯॥

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীগৌরাঙ্গনা, কৃষ্ণদা থজিক্তসু নুংশিবগী মরিক্না ঐগী লৈতে, অদুগা য়ামনা লাই-বক ফববু উৎনবগীদমক্তা ঐনা কপল্লিবনি । মরম অসিদগী বাশী থোংবা মাইথোংবু উদনা ঐগী থৱাই মঙা ( পুক্নিং, লৌশিং, মিহুন, থোজেন, নুং-শাম্বর ) অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবগী মশক প্রেম-ভক্তি রাগানুরাগা, বৈবাজ্ঞ ( হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র, কামগায়ত্রী ) অসিদা থৱাই মঙাসি য়াওনা শ্রী-গুরুগী থৌজান্দগী থৌরম থংনা ঐনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী পেনবীনবা থৌগনফমদা থৌগঞ্জগনি অসিদি নত্তনা অত্তোপপদা ম্লাওখ্রবা থৱাই কৌজেংশিংবু অরেম্বদা পুন্নসি চুপনা ঐনা পুরবনি ॥ (অসুম্না হায়খিবা থৱাইগী থৌরমদি তমগদবনি ) ইতি ॥৬॥

অশেংবা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদি ঐঙোন্দা লৈতে। লৌ-নম্বা প্রেমনা পুল্লে, ঐগী নৌনম্বা প্রেমনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলরোই । মতম অসিদা অদুম্না কপল্লিবদো ঐগী লাইবক ফববু উৎপনি, মসিদা লেপনা মদুনি থংউ ॥৪০॥ মরম অদুনা বাশী থোজেম্না নুংঙাইবা, অদুগুম্বা মাইথোং থাবু উদরে, তৌইগুম্বসুং মদুগী ফংনবা পাম্বে নত্তে। মশাগী কান্নবা নুংশিবদি কামগী অরেপপা মচংনি, ঐনা অরেম্বদা থৱাই কৌজেংশিংবু য়োকতুনা পুরি ॥৪১॥ শ্রীকৃষ্ণগী নুং-শিবদি যামনা লুই, গঙ্গাগী ঈশিংনা শেংবগুম্বনি অসিগুম্বা প্রেমনা অমৃতগী সমুদ্রনি। অদুগুম্বা লূববা শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবদা, অতোপ্পা খুদম্না মশা-গী নুংশিবদা লোৎপা য়াদে, অঙৌবা ফিদা অমুবা বিন্দুনা পকপদা তৌবগুম্না ॥৪২॥ অশেংবা শ্রী-কৃষ্ণগী প্রেমনা নুংঙাইবগী সমুদ্রনি, মাগী মরিক অমতং ফংবদ', অদুগুম্বা মরিকতুনা জগৎপু লুপ-শিল্লি । হায়গদববা মতিক চাদরে, অদুমকপু ঙাও-দুনা হায়রবনি, হায়রবদা অমদি কনানা থাজগনবা ॥ ২৩ ॥মতৌ অসুমনা নোংমে নোংমগী স্বরূপ, রামানন্দগা লোয়নদুনা, শ্রীচৈতন্যনা মশাগী পুক-চেনবু কোংতোক্লা থংহল্লি। মপান্দদি প্রেমগী হুনা চাকই, মনুংদনা নুংঙাইবগী মশকনি, অসুমবা—

তথাহি—কৃষ্ণকর্ণামৃতে একচত্বারিংশ শ্লোকঃ

**অমূন্যধন্যানি দিনান্তরাণি হরেত্বদালোকনমন্তরেণ। অনাথবন্ধো করুণৈকসিন্ধো হা হন্ত হা হন্ত কথং নয়ামি ॥৮**

**অন্বয়ঃ** —হা হন্ত—অরাবনি, হা হন্ত—অরাবনি, হে অনাথবন্ধো—হে অতোনবগী মবুংডো, করুণা-একসিন্ধো—হে থৌজানগী সমুদ্র, হরে—হে কৃষ্ণ, ত্বদা লোকনং—নংবু উবা, অন্তরেণ— নত্তনা, অধন্যানি—কান্নদবা, অমূনি—অসিগুম্ব', দিনান্তরাণি— নুমিৎশিংবু, কথং—করমনা, নয়ামি—ঐনা লেল্লসিবা ? ইতি ॥৮॥

শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিবগী মচৎসি অঙকপনি ॥৪৪॥ অসি-গুম্বা প্রেম্‌বু চাবদো, অশাবা চু চাবগুম্বনি চিনবান্দা শাই, অদুবু থুম্বনা থাদোক্তে। অসিগুম্বা প্রেম্না পুকনিংদা ওইবা মীতুনা প্রেমগী মপাঙ্গল খংগনি, হুগা অমৃতগা অমতা ওইনা পুনবগুম্বনি ॥৪৫॥

**অনুবাদঃ**— পৌর্ণমাসীনা নান্দীমুখীদা—হে সুন্দরি নান্দীমুখী! অরাবা থিবিক্', অ'নৌবা কালকূট কৌবা হুগী অথাবা নাপলবু— মাং-হনবা, থোকলকপা মুংঙাইবনা অমৃতগী অথুম্বা নাপলবু হন্থহনবা থোইদোক্লবা শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা মুংশিবনা মাগী থমোইদা ফাওররবদা, মাতনা লেপনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী অরাবা অমস্থং নুংঙাইবা মপাঙ্গলবু ফাওনা খংগদবা ওই ইতি ॥৭॥

শ্রীজগনাথবু উবা অদুগুমবা মতমদা শ্রীবলরাম, সুভদ্রা লোয়নবদো, মতম অদুদা কুরুক্ষেত্রদা লাক-শবনি হায়না খংই। পুনসিগী মহৈ য়াম্লে, শ্রীকৃষ্ণ পদ্মলোচনবু উজরে, ঐগী হকচাং, পুকনিং, মিৎ পুম্নমকসি ইংলে ॥৪৬॥ গরুড় স্তম্ভগী মথোংদা, অকুৎপা অমা লৈ, মফম অদুদা তারকপা পীনা শনখরে ॥৪৭॥ প্রভুনা মতুদগী যূমদা লাকলগা, লৈপাক্কী মথক্তা ফমদুনা, খুজিন্না লৈপাকতা থোংতুনা টরি। অরাবনি অরাবনি কদাইদা শ্রী-বৃন্দাবন্না, কদাইদা শ্রীগোপনিংথৌগী মচানা। অদু-গুমবা বংশী থোংবনা কদাইদা। ৪৮॥ অদুগুম্বা মথেক অতুম থোকনা লেপপা কদাইদা অদুম্বা বেণু থোংবনা কদাইদা ? অদুগুম্বী যমুনাগী মপাননা—কদাইদা। রাসগী শান্নবনা কদাইদা, জগাই ঈশৈ, নোকপনা কদাইদা, প্রভু মদন মোহন্না কদাইদা ॥৪৯॥ অয়াম্বা পাঙ্গল্লবা পুকচেল্লা হৌ-গৎলে, পুকনিংদা অইনবা ওইবে, মিৎনা কুপ্পতং থাংতুনা লৈবা ঙমদাবে। পাঙ্গল্লবা কৃষ্ণ কাইনং-বগী মৈচাকনা অতপপা কোক্তুনা তয়াং তশোয়বে, অয়াম্বা শ্লোকপু প্রভুনা থিবকলে ॥৫০॥

**অনুবাদঃ**—শ্রীবিল্বমঙ্গলনা—হে কৃষ্ণ! অরা-বনি, অরাবনি হে অতোনবগী মবুংডো! হে থৌ-জানগী সমুদ্র ওইবা। নংবু উবা নত্তনা কান্নদবা অসিগুম্বা, অয়াম্বা নুমিৎশিংবু করমনা ঐনা লেল্ল-সিবা। ইতি ॥৮॥

নহাকপু উজবা নত্তনা, অসিগুম্বা কান্নদবা অহিং নুংথিন ওইবা, অসিগুম্বা মতমবু লেন্দুনা লৈবা ঙমদবে। হে কৃষ্ণ। নংদি অতোনবগী মপুনি, চাং-জো নাইদবা থৌজানগী সমুদ্রনি, থৌজানবীতুনা—দর্শন পীবিয়ু ॥ ৫১ ॥ হৌগৎলকলবা তয়াং—তশোয়বা রাথলনা পুকনিংদা তয়াংবা ওইরে। কৃষ্ণ মুংশিবা ভাবকী মপাঙ্গলবু খংবা ঙমদরে। কৃষ্ণবু উদ্রবদা পুক্লিং চাকলে, করম্না উজবা ফংগবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ফংনবা উপায় হংজি ॥৫১॥

তথাহি—কৃষ্ণকর্ণামৃতে দ্বাত্রিংশঃ শ্লোকঃ।

**ত্বচ্ছৈশবং ত্রিভুবনাদ্ভুতমিত্যবেহি মচ্চাপলঞ্চ তব বা মম বাধিগম্যম্।**
**তৎ কিং করোমি বিরলং মুরলীবিলাসী মুগ্ধং মুখাম্বুজমুদীক্ষিতুমীক্ষণাভ্যাম্ ॥৯॥**

তথাহি—কৃষ্ণকর্ণামৃতে ৪০ শ্লোকঃ।

**হে দেব হে দয়িত হে ভুবনৈকবন্ধো হে কৃষ্ণ হে চপল হে করুণৈকসিন্ধো।**
**হে নাথ হে রমণ হে নয়নাভিরাম হাহা কদানুভবিতাসি পদং দৃশোর্মে ॥১০॥**

অন্ব :—ত্বচ্ছৈশবং—হে কৃষ্ণ। নংগী পাথংমচাগী মতৌ, মচ্চাপলঞ্চ—ঐগী তয়াং তশোইবা মতৌসু ত্রিভুবনাদ্ভুতং—মরোল অহুমদা অঙকপনি, ইতি - অসুম্না, অবেহি—খংবিয়ু, তব বা— নহাকসু, মম বা — ঐনসু, অধিগম্যং—খংবা ঙম্মী, তৎ—মবম অদুদগী, বিরলঃ—তাংলবা, মুরলীবিলাসিমুগ্ধং— নিংথিরবা মুরলী খোংবা, মুখাম্বুজং- মাইথোং থম্বালবু, ঈক্ষনাভ্যাং—মিৎ অনিনা, উদীক্ষিতুং— উজনবগীদমক্তা, কিংকরোমি—করিবু তৌসিবা" ইতি ॥৯॥

অন্বয়ঃ। হে দেব - হে শান্নহৈব, হে দয়িত—হে চান্নবা, হে ভুবনৈকবন্ধো— হে পুম্নমক্কী মরুংঙো, হে কৃষ্ণ— হে কৃষ্ণ, হে চপল—হে তপতবা, হে করুণৈকসিন্ধো— হে থৌজানগী সমুদ্র হে নাথ— হে থরাইগী মপু, হে রমণ - হে শান্নহৈবা, হে নয়নঅভিরাম — হে মিৎকী নুংঙাইবা, হা হা—অরাবনি অরাবনি, মে ঐগী, দৃশো - মিৎ অনিগী, পদং—উজবদো, নুকদা—করম্বা মতমদা, ভবিতাসি—নংনা ওইগবা। ইতি ॥ ১০ ॥

**অনুবাদঃ** — শ্রীরাধানা কৃষ্ণদা—হে ইবুংঙো! নংগী পাথংমচা ওইবগী মতৌবু, ঐগী তয়াং তশোইবা মতৌসু মরোল অহুমদা, অঙকপনি অসুমনা খংবিয়ু। নহাক্সু ঐনসু খংবা ঙম্মী, মরম অদুদগী তাংলবা নিংথিববা মুরলী খোংবা মাইথোং থম্বালবু মিৎ অনিনা উজনবগীদমক্তা করিবু— তৌসিবা। ইতি ॥৯॥

নংগী মাধুরীগী পাঙ্গলবু, মতুতনা ঐগী তয়াং তশোইবা পুকচেনবু অসিগুম্বা অনিসি নংনা ঐনতা মথংহ্ করিবু তৌরগা কদায়দবু চংশিবা, কদাইদা চংলগা নংবু ফংগবা, মতুবু ঐঙোন্দা ইবুংঙো নহাক্না হায়বিয়ু ॥৫৩॥ অন্যাম্বা সঞ্চারীভাবনা পাঙ্গলকপনা তিনশিনবা হেনগংনবা ওইরকলে; রাথলগা ২ অকনবা লাল্হৌংনরে। ফংলিংবা থাংবা ঙমদব শিংগা তয়াংবা, নোল্লুপা, শাওনিংবা, থাংবা ঙমদবশিংগা লাম্মী ওইহনা, মুংশিবগী ময়াই কাবনা পুম্নমককী মরম ওইরি ॥ ৫৪ ॥ ভাবশিংনা ময়াইকাবা শামু ওইরে, প্রভুগী হকচাংনা চুগী বন ওইরে, অয়াম্বা শামুশিংনা লাম্হৌংনবদা বনগী নৈহৎপা ওইরে। প্রভুগী হেঞ্জিন্না ময়াইকাবা ওইবে, পুকনিং হকচাংগী রাথরে, হায়রিবা রাথলশিংদা পুক্কিং চংহনা চংথোম্না কৌরকলে ॥৫৫॥

**অনুবাদ** :—শ্রীবিল্বমঙ্গলনা— হে শান্নহৈবা! হে চান্নবা! হে পুম্নমক্কী মরুংঙো! হে তপতবা! হে থৌজানগী সমুদ্র! হে থরাইগী মপু! হে নুংঙাইহনবা! হে মিৎকী নুংঙাইবা! অরাবনি, অরাবনি!! ঐগী মিৎ অনিগী উজববু করম্বা মতমদা নংনা ওইবিগবা? ইতি ॥১০

তথাহি—শ্রীকৃষ্ণকর্ণামৃতে ৬৮ শ্লোকঃ।

মারঃ স্বয়ং নু মধুরদ্যুতিমণ্ডলং নু মাধুর্য্যমেব নু মনোনয়নামৃতং নু।
বেণীমৃজো নু মম জীবিতবল্লভো নু কৃষ্ণোঽয়মভ্যুদয়তে মম লোচনায় ॥১১॥

**অন্বয়ঃ**।— স্বয়ং মারঃ—সংসংবা কামদা, নু—করিনো, মধুরদ্যুতিমণ্ডলং—মীপুক হুবগী মডানগী মকোয়রা, নু—করিনো মাধুর্য্যএব— লপনা মীপুক হুবমক্তা, নু—করিনো, মনোনয়নামৃতং— পুক্লিং অমসুং মিৎকী অমৃতবা, নু—করিনো, বেণীমৃজঃ—ঐগী শম্মুল থোকপরা, নু—করিনো, মম—ঐগী জীবিতবল্লভঃ—থম্মাইগী চান্নববা, নু—করিনো, মম—ঐগী, লোচনায—মিৎকী নুংঙাইনবগীদমক্তা, অয়ং—অসিগুম্বা, কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, অভ্যুদয়তে—থোকলবে। ইতি ॥১১॥

ময়াই কাবগী মশকলা, শ্রীকৃষ্ণনা ফাওবক্লবত্থদা, নুংশিবনা ওইনবা পুকচেন্দা পুরিংনা হৌগৎতুনা ওইবা মচংকী ঋাবৌবা ঋাহৈনা ওইনবা অথোইবা অফশা-ঋাহৈনা, কবিগুম্বদা অকাযবা করিগুম্বদসু ইকাই থুমনৈ ॥৫৬॥ হে শান্নহৈবা নংনা শান্নরি, অয়াম্বী জগৎকী নুপীশিংগা, লোযনত্থনা মত্থদা অপাম্ববু শান্নবিবা। ঐগী চান্নবা নংনা ঐঙোন্দা নংগী পুকনিংনা লৈত্থনা, লাকপিয়ু ঐগী লাইবক ফহনবিয়ু॥ ৫৭॥ জগৎকী নিংজবী নুপীশিং, মখায়বু কোরো, নংগী মত্থদা পুন্নমকনা নিংবা থুং-হল্লো। হে কৃষ্ণ। ঐগী পুকনিংবু নংনা হুরে, অসুমনা পাপচেনবা কনানা, অমদি কনানা নংঙোন্দা ঋাবৌগবা ॥৫৮॥ নংগী লেপ্তুবা পুকচেন্নি, অমতদা লেপতুনা লৈতে, মরম অত্থনা নংগী অকায়বা থজিক্কসু লৈতে। নহাক্তি থোজানগী সমুদ্রনি, ঐগী থম্মাইগী মরূপনি, নংঙোন্দা ঐগী অশাওবা করিগুম্বদা লৈতে॥ ৫৯॥ নংনা থম্মাইগী মপুনি ব্রজদা লৈবগী থম্মাইনি, ব্রজদা লৈবশিংবু কনবিয়ু, তৌগদবা য়ামথরে অহাংবা লৈররোই। নংনা ঐগী ইথুংঙোনি, নুংঙাইবা পাগে লেংলকপা, মসিদি নংগী হৈশিংনা শান্নবনি।৬০॥ ঐগী ঋাহৈনা চৈ-বনি নিংলুনা, শ্রীকৃষ্ণনা থাদোকতুনা চংথরে থংলে, ঐগী অত্থুগুম্বা হায়জবা ঋাহৈবু তাবিযু। হে মিৎকী নুংঙাইবা, নংনা ঐগী লন্নি থম্মাইনি, অম্নাবনি, অম্নাবনি। অমুক হন্না উবা ফংহনবিযু॥৬১॥ লেং-দবা, নিকপা, হুমাংশোবা. কুচু ওনবা, পি তাবা, হিক হিক লাওবা, হকচাংদা তুজুংবনা শিনবা থুংবা নোকই, কপই, জাগোই শাই, ঈশৈ শকই, হৌ-গত্থুনা কোয়চেন চেল্লি, মিংকুপ অমনা লৈবাক্তা ঋাম্থত্থনা তাই ॥৬২॥ ঋাম্থবিডৈদা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলে, হৌগৎতুনা ঙংলকই অসিগুম্বা পুকফবা শ্রীকৃষ্ণনা লাকলে হাযবকই। শ্রীকৃষ্ণগী মীপুক হুবা গুন্দা অয়াম্বা অঙকপনা পুকনিংদা ওইরে, লেপনা শ্লোকপু প্রভুনা থিরকই ॥৬৩॥

**অনুবাদ** :—শ্রীবিল্বমঙ্গলনা—সংসংবা কামদা করিনো? মীপুক হুবগী মডানগী মকোযরা করি-নো? লেপনা মীপুক হুবগী মশকমক্তা করিনো? পুক্লিং অমসুং মিৎকী অমৃতরা করিনো? ঐগী শম্মুন থোকপরা কবিনো? ঐগী থম্মাইগী চান্নব্রা করিনো? ঐগী মিৎকী নুংঙাইনবগীদমক্তা অসি-গুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা থোকলরে। ইতি ॥১১॥
করিনো মসিবু সংসংবা কামদা? মডানগী মকোয়-গী মশক্রা? করিনো মীপুকহুবমকনা মশক পানব্রা? করিনো মিৎ অমসুং পুক্লিংগী নুংঙাইবা পীবত্থরা করিনো থম্মাইগী চান্নবরা? অমেম্পনি শ্রীকৃষ্ণ লাকলে মিৎকী নুংঙাইরে ॥ ৬৪ ॥ রাধন ময়ামনা

গুরুনি, প্রভুগী হকচাংনা পুকনিংনা শিষ্যনি ; মথল মথা অযাম্বা জগোইবু তত্তনা শাথরে। খোইরাং খোইশাওবা, অন্নাবা নোল্লুকপা, তযাং তশোয়বা, হরাওবা, অতপপা, ৱারোবা মখোয় অসিগী জগোইদা প্রভুগী মতম লেল্লি ॥ ৬৫ ॥ চণ্ডীদাস বিদ্যাপতি, রায়নাটককী ঈশৈ, কর্ণা-মৃতগী শ্রীগীতগোবিন্দগী ঈশৈবু। শকপা স্বরূপ. রামানন্দগা লোয়নদুনা, মহাপ্রভুনা অহিং সুং-থিন্দা, শকলিবা ঈশৈ তাবদা খোইদোকনা—সুংডাইরি ॥ ৬৬ ॥ পরমানন্দপুরীগী ৱাখন্দা খোই-দোকনা ইচানি প্রভুবু সুংশি, রামানন্দগীনা অশেংবা মকপনি সুংশি, গোবিন্দদাসগীনা অশেংবা মনাইনি পেল্লি। গদাধর, জগদানন্দ, স্বরূপকীনা — থৱাইগী মপুনি সুংশি, অসিগুম্বা পুরুচন ৪না প্রভুবু থুত্তম চল্লি ॥ ৬৭ ॥ মীওইবা লীলাসুক বিল্বমঙ্গলদসু মাগী অয়ামবা পুকচেনসি ফাওবি, মহাপ্রভুদা মসি ফাওবদা কবিগী ডক্কদাগ। মহুদা মরুওইবা রসদা চংবদগী, মতিক চাওবা ওইবি, মবম অহুনা অয়াম্বা পুকচেনশিংসি থোকল্লকই ॥ ৬৮ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা দ্বাপবদা ব্রজদা শাল্লবদা অহুম্না অপাম্বা অহুমবু, চেকশিন্দুনসু চাবা ফংখিদে। শ্রীরাধাগী পুকচেনবু লেপনা শ্রীকৃষ্ণনা লৌহুনা পোক্লগা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা অপাম্বা মশক অহুমবু চারি ॥ ৬৯ ॥ চৈতন্য মানা চাববদা, ভক্তশিং দসু তম্বিরি। প্রেমচিন্তামণিগী প্রভুনা ইনাক খুল্লি। মফমনি মফম নত্তে থংদে, মহু মহুদা পীবি, শ্রীমহাপ্রভুনা পীনহৈবগী কোবৃকী মণিনি ॥৭০॥ মসি অথুম্বা পুকচেনগী সমুদ্রনি, মাগী মরিক অমবু ব্রহ্মানা ফংদে, অসিগুম্বা লনবু সংসাবদা প্রভুনা য়েম্লোকই। অসিগুম্বা থৌজানহৈবা অবতার অসিগুম্বা পীনহৈবা অমা লৈতে, মাগী গুণবু কনানা শীংখাবা ডমদে ॥ ৭১ ॥ ৱাহৈসি হাযকবা নত্তে, হায়রবদসু কনানা থংলোই, অসুম্না ডক্লবা শ্রীচৈতন্যগী হরাওবনি। মসিবু থংবা ডমগদবদি, মডোল্বা চৈতন্যগী কৃপা লৈরবা, মাগী মনাইগী মনাই ওইরবদা থংগনি ॥ ৭২ ॥ শ্রী-চৈতন্যগী মচি ওইবা লীলারত্নগী স্বরূপ দামো-দরনা লনগৈনি, মানা রঘুনাথগী থৌরিদা থম্মী। মহুদা থজিক্তুং অহুম্না তাজবা, মহুবু মসিদা হাযত্নুনা, মসিনা খুদোন ওইনা ভক্তশিংদা পীরি ॥ ৭৩ ॥ মতম অহুদা কনানা অসুম্না হায়রবা, লাইবিকসি শ্লোকৃকী মশকনি, মী অচম্বনা থংবা ডমলোই। প্রভুগী অহুগুম্বা লমচৎ চংখিবা ৱৈনা লেংজবা মসিবু, পুম্নমকৃকী পুক্লিংনা নিংবা ডমদ্রবদা ॥ ৭৪ ॥ কনাবুসু য়েংখিজদে, কনাবুসু খেমজদে, মশানা ওইজবা মশকপু উহনবনি। মতম অহুদা মশাগী অপাম্বা য়েকৃনবা, মহুদা পুকনিং চংবনা, মশানা ওইবা মশকপু ইগদবদা ডমলোই ॥ ৭৫ ॥ মহুমকপু কনানা থংলোই, তানা তানা মসিবু থংদ্রিবা, কবিনো অডকপা শ্রীচৈত-ন্যগী লম্চৎনি। শ্রীকৃষ্ণদা অপাম্ব পোকলবদা বসগী ( অপেনবগী ) মচৎ থংলবদা, তারবদি য়ামনা অকবা ওইগনি ॥ ৭৬ ॥ শ্রীভাগবতকী শ্লোকৃনি, মাগী টীকাসু সংস্কৃতনা ওই, অহুমকপু কবমনা মবোল অহুমনা থংলিবা ? মসিদা—শ্লোক অনি মবিতনি, মাগী মরোনবু মীরোননা ফোংতোকলি, কবিগীদমক্লা অযামবা মীশিংনা থং-লোইদবনো ? ॥ ৭৭ ॥ শেষ লীলাগী সূত্রশিংনা থজিক্তুং ওইনা হায়ববু, মসিদা পুকনিংনা শন-তোকচগে নিংজরি। মতম অহুদা পুনসিনা—লোম্বা ফাওবা শেষলীলাবু শন্তোকচগে, মতম অহুদা শ্রীমহাপ্রভুনা থৌজানবিসম্ন ॥ ৭৮ ॥ কৃষ্ণ-দাসনা ৱৈনা হম্নবনা শোল্লে, ইবদা খুং নিক্লে পুকনিংদা থজিক্তসু নিংশিংদরে। মিংৎসু উধরে।

নাস্তু আদরে, ওইহুনমকপু ইজরিবা, মসি থোইনা ওকলি॥ ৭৯ ॥ মসি অন্তলীলাগী মচিনি, সূত্রগী মতুংদা শস্তোকনা তৌহুনা থজিক্তংবু শিংথাজরি। মতম অহুদা মসিগী মতুংদা শিরবা, মতমতুদা লেংবা ওমলবোই, অসিগুমবা ভক্তশিংনা লন-ওইবা লীলানি ॥৮০॥ অসুমনা স্বপনা সূত্র ওইনা তৌরে. মদো মক্মসি ইদবা. মদো কোন্না শস্তোকনা ইজগে। মতমদদা হিংলিবা মুমিৎ অহুককী মথৈ, শ্রীমহাপ্রভুগী থৌজানবিবনা,— ঐগী নিংজবা থুংনা মতোন লোম্ববু তৌজগে ॥৮১। ভক্তশিংনা অচৌ পিশক ওইবা, পুম্নমক্কী চরণ-দা খুরুমজে. পুম্নমকনা ঐগী মরিদা পেনবিয়ু। স্বরূপগোসাঞিগী মতো অয়াম্বা রূপ, রঘুনাথনা থংইবা মতুবু ইজবনি ঐগী অকায়বা লৈতে ॥৮২ শ্রীচৈতন্য, নিত্যানন্দবু শ্রীঅদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিং পুম্নমককী চরণবু কোক্তা পুজহুনা, শ্রীস্বরূপ রূপ সনাতন, শ্রীরঘুনাথদাসগী শ্রীচরণগী উফুনবু ই-কোক্তা লৈতেংজহুনা ॥ ৮৩ ॥ মথোয়গী যাথং লনবু ফংহুনা, ব্রজগী বৈষ্ণবশিংবু, মথোয়গী লু-চিংবা শ্রীহরিদাসবু খুরুমজনা। শ্রীচৈতন্যগী— শান্নবা সমুদ্রগী কাবিবা ইথককী মরিক অমতং মাগী মবিকপু কৃষ্ণদাসনা হায়জবি ॥ ৮৪ ॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা অন্তলীলাগী সূত্র হায়বদা প্রেমনা ময়াই কাহুনা তাংবা মবোন হায়বা অনিশুবা পবিচ্ছেদনি।

# তৃতীয় পরিচ্ছেদ

ন্যাসং বিধায়োৎপ্রণয়োহথ গৌরো বৃন্দাবনং গন্তুমনা ভ্রমাদ্ যঃ।
রাঢ়ে ভ্রমন্ শান্তিপুরীময়িত্বা ললাস ভক্তৈরিহ তং নতোঽস্মি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—যঃ গৌরঃ—শ্রীগৌরাঙ্গ মানা, অথ—অহুগী মতুংদা, ন্যাসং—সন্ন্যাসবু, বিধায়—তৌহুনা, উৎপ্রণয়ঃ—কল্লবা প্রেমনা তিনহুনা, বৃন্দাবনং—শ্রীবৃন্দাবন্দা, গন্তুমনা—চৎনিংহুনা, ভ্রমাৎ—ওকপদগী, রাঢ়ে—রাঢ় দেশদা, ভ্রমন্—কোইহুনা, শান্তিপুরীং—শান্তিপুরদা, অয়িত্বা—য়ৌবহুনা, ইহ—শান্তিপুরদা, ভক্তৈঃ—ভক্তশিংগা, ললাস—শান্নখি, তং—অদুগুম্বা গৌরাঙ্গবু, নতঃ অস্মি—ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

**অনুবাদঃ**—অদুগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গনা অহুগী মতুং-দা সন্ন্যাসবু তৌহুনা কল্লবা প্রেম্না তিন্দুনা শ্রীবৃন্দা-বন্দা চৎনিংহুনা ওকপদগী রাঢ় দেশদা কোইহুনা কোইহুনা শান্তিপুরদা য়ৌহুনা, শান্তিপুরদা ভক্ত-শিংগা লোয়নহুনা শান্নখি ॥ অদুগুম্বা শ্রীগৌর-চন্দ্রবু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খু-রুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ গৌরভক্তশিংবু

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কন্ধে ২৩ অং ৫৭ শ্লোকে বিপ্রবাক্যম্ঃ—

এতাং স আস্থায় পরাত্মনিষ্ঠা মধ্যাসিতাং পূর্ব্বতমৈর্ম্মহর্ষিভিঃ।
অহং তরিষ্যামি দুরন্তপারং তমো মুকুন্দাঙ্ঘ্রিনিষেবয়ৈব ॥২॥

**অন্বয়ঃ**—সঃ— অসিগুম্বা, অহং—ঐনা, পূর্ব্বতমৈঃ থাইনগী ওইবা. মহর্ষিভিঃ— মতিক চাওবা মীশিংনা, অধ্যাসিতাং—থৌগল্লমলবা, এতা—অসিগুম্বা, পরাত্মানিষ্ঠাম্—শ্রীকৃষ্ণদ লেপলবা সন্ন্যাস আ-শ্রমদা, আস্থায়—লৈদুনা, মুকুন্দাঙ্ঘ্রিনিষেবয়া—শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতনা, এব-লেপনা, দুরন্তপারং—লাকঙম ফাওমদ্রবা, তমঃ—সংসারগী অমম্ববু, তরিষ্যামি—লাল্লমগদবনি। ইতি ॥২॥

থুরুমজে ॥ ১ ॥ চহি কুনমবিগী মমৈদা অদু-গুম্বা থানা য়াকচিংনি। মাগী পানথংলকপদা প্রভুনা সন্ন্যাসবু তৌরে॥ ২ ॥ প্রভুনা (হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র, কামগায়ত্রী) পুন্নমকসিদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীনবা বৈবাজ্ঞ তৌই। থাংজদা — সন্ন্যাস তৌরগা নুংশিসন্দুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চংলকলে। রাঢ দেশদা মুন্নিং হুমনি কোইর কোইবদুনা ॥৩॥ অসিগুম্বা শ্লোকসি থিরকই প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণ-গীদমক্তা পুকনিং চংদুনা। কোইর কোইবদুনা রাঢ় দেশদা লৈবা পুন্নমকপু শেংবিবে ॥৪॥

**অনুবাদঃ**।—ভিক্ষুকনা—অসিগুম্বা ঐনা থাই-নগী ওইবা মতিক চাওবা মীশিংনা, থৌগল্লমলবা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা লেপলবা সন্ন্যাস আশ্রমদা লৈদুনা, শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবতনা লেপনা লাকঙম-ফাওমদ্রবা সংসারগী অমম্বা মন্নাবু লাল্লমগদবনি। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংলমগদবনি ইতি॥ ২ ॥

প্রভুনা হায়, মসিবু অবেপপা ভিক্ষুকগী য়াহৈনি। শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবু তৌগদবনি লৌথংলম্মী॥ ৫ ॥ শ্রীকৃষ্ণগীদমকতা লেপপা সন্ন্যাসগী ফিজেৎপু—শেংদুনা। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা (পেন্নবা) তৌবদগী সংসারবু লান্থোক্কনি॥ ৬॥ অসিগুম্বা ফিজেৎপু শেংদুনা হৌজিক শ্রীবৃন্দাবন্দা চত্তুনা। অচিক-পাদা কমলগা শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবা থৌগজগে ॥৭

অসি হায়দুনা প্রভুনা প্রেমনা মথাই কাবগী থুদন্না চংলি। মাইকৈনি মাইকৈ নত্তে করিনো অহিং মুংথিন্নি থংদ্রে ॥ ৮ ॥ শ্রীনিত্যানন্দ, আচার্য্যরত্ন, মুকুন্দ মখোয় অহুমনি। প্রভুগী মতুং ইন্না ইন্না অহুম্মক্না চংলি ॥৯॥ অদু অদুগুম্বা প্রভুবু উবদা মদু মদুগুমবা মীশিংনা। প্রেমাবেশ ওইরবদা হরিবু শোল্লবদা মুংনাংবু অন্নাববু কোকলে॥১০॥ অয়াম্বা গোপমচাশিংনা প্রভুবু য়েংজদুনা। রাংনা হরি হরি শোন্দুনা হৌগংলকলে ॥১১॥ তাদুনা, প্রভুনা মখোযশিংগী মনাক্তা চংশিন্দুনা। শোললু, শোললু হায়. মখোযগী কোক্তা খুংনা পায়দুনা ॥১২॥ মখোয় পুন্নমক্তা থাগৎলি—নখোয়না লাই বক ফরবনি। ঐডোন্দা হরিনামবু তাহন্দুনা লালহল্লে॥ ১৩ ॥ হায়বিডৌদা মখোযবু লোননা কৌশিন্দুনা শ্রীনিত্যানন্দঠাকুরনা। মখোয়দা মুং-শিবা য়াহৈনা পুবা য়ানবা তম্বিরকলে।। ১৪ ॥ শ্রীবৃন্দাবনগী লম্বীবু প্রভুনা নখোযদা হংলক্কনি। মতমদুদা গঙ্গাগী লম্বীদা চংলো। হায়না মডোন্দা তাকউ ॥ ১৫ ॥ হায়বগী মতুংদা প্রভুনা হংই—অডাংশিং নখোয়না তাও। হায়নু য়েংসি করম্বা লম্বীদা শ্রীবৃন্দাবন্দা চংকনি॥ ১৬ ॥ অডাংশিংনা গঙ্গা মপানগী লম্বীদা উহল্লে। অদুগুম্বা লম্বীদা পুকনিংনা চংদুনা প্রভুনা চংলকলে ॥১৭॥ আচার্য্য

তথাহি—চৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটকে ৫ অং ১৩ শ্লোকে মহাপ্রভুকৃতস্তুতিঃ।

**চিদানন্দভানোঃ সদানন্দসূনোঃ পরপ্রেমপাত্রী দ্রবব্রহ্মগাত্রী।**
**অঘানাং লবিত্রী জগৎক্ষেমধাত্রী পবিত্রীক্রিয়ান্নো বপুর্মিত্রপুত্রী ॥৩॥**

**অন্বয়ঃ** —চিদানন্দ ভানোঃ—থংবা মুংঙাইবগী মুমিৎ ওইবা, নন্দসূনোঃ—শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী, সদা—অতৎপা লৈতনা, পরপ্রেমপাত্রী—অথোইবা প্রেমগী পুবী, জগৎক্ষেমধাত্রী— জগৎকী অফববু পুবী, দ্রবব্রহ্মগাত্রী—ব্রহ্মনা ঈশিং ওইবী, অঘানাং—পাপশিংগী, লবিত্রী—কোকহনবী, মিত্রপুত্রী— মুমিৎকী মচা যমূনা, নঃ—ঐখোয়গী, বপু—হকচাংবু, পবিত্রী ক্রিয়াৎ—শেংহনবীয়ু। ইতি ॥৩॥

বস্তুদা শ্রীনিত্যানন্দনা হায। থুনা চৎলো নংনা শ্রীঅদ্বৈত আচার্য্যগী মফমদা ॥১৮॥ প্রভুবু পুহুনা ঐনা মগাককী মযুমদা লাকৃলগে। অতুমনা পুক্লিং ত্তপনা গঙ্গা মপান্দা হি পুবক্তুনা লৈরম্মু হায়বগা ॥১৯॥ অতুগী মতুংদা নংনা নবদ্বীপ্তা চৎলে। অয়াম্বা ভক্ত শিংনা শচী পুহুনা লাকমিন্নরো ॥২০ মাবু থাথবগা শ্রীনিত্যানন্দ মহাশয়না। মহাপ্রভুগী মাংদা লাকলগা মশক থংহল্লি ॥২১॥ প্রভুনা— হংই শ্রীপাদ নংনা কদায়দা চৎলিবা। শ্রীপাদনা খুম্মী নংগা লোয়ননা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎকে ॥২২॥ প্রভুনা হংই—কয়া লাপ্পদা বৃন্দাবন্না লৈবগে ? মানা খুমলকই মসিনা যমুনানি দর্শন তৌরো ॥২৩ মভোন্দা অসি হায়হুনা গঙ্গাগী মনাক্তা পুথরে। শ্রীবৃন্দাবন্দা পুকনিং চংবনা প্রভুগী পুক্লিংনা গঙ্গাদা যমুনানি খল্লে ॥২৪॥ ওস্তোক্রা লাইবক ফরেদা যমুনাগী দর্শনবু ফংজবে। অসি হায়হুনা যমুনাদা হায়জববু তৌরি ॥২৫॥

প্রভুনা অসি হায়হুনা খুরুম্লগা গঙ্গা স্নান তৌরে। কৌপীন অমতনি শেৎনবা অনি শুদে ॥২৬॥ মতম অতুদা অদ্বৈতআচার্য্যগোসাঞিনা হিদা তোংহুনা অহনবা কৌপীন বহির্ব্বাস পুহুনা লাকলে ॥ ২৭ ॥ আচার্য্যনা লাকতুনা খুরুম্লগা প্রভুগী মাংদা— লৈরম্মে। আচার্য্যবু উবদা পুনিংদা চিংনহুনা প্রভুনা হংই ॥২৮॥ নংনা, অদ্বৈতগোসাঞি ! মফমসিদা করিগী লাকপনো ? ঐনা শ্রীবৃন্দাবন্দা, চৎপা নংনা করমনা থংলিবনো ? ॥২৯॥ আচার্য্যনা খুমই—নংনা মফমতুদা লৈবা, মদো শ্রীবৃন্দাবন্নি। ঐগী লাইবক ফবনা গঙ্গা মপান্দা নংগী চরম্না লেংলকলে ॥৩০ ॥ প্রভুনা হায়, নিত্যানন্দনা ঐভোন্দা নক্কৎতুনা। ঐভোন্দা যমুনানি হায়হুনা গঙ্গাদা পুরক্লিবোরে ॥ ৩১ ॥ আচার্য্যনা হায় শ্রীপাদনী বাইহেদো মীনম্না নত্তে। হৌজিক যমুনাদা ইবুংঙো নংনা স্নান তৌবনি ॥৩২॥ গঙ্গাগা যমুনাগা ইচেল অমতা ওইনা পুন্না চেল্লি। নোংচুপতা যমুনানা নোংপোক্তা — গঙ্গানা চেল্লি ॥ ৩৩ ॥ নোংচুপকী ইচেল্দা যমুনানা চেল্লিবা, মতুদা ইবুংঙোনা ঈরুজরে। অচোংপা কৌপীনবু হোংতোক্লুনা অকংববু থোনহল্লে ॥ ৩৪ ॥ প্রেমদা পুকনিং চংহুনা মুমিৎ মুমনি চরা হেল্লুনা লৈরুরে। ওসিদি ঐগী মুমদা প্রেমগা কংজিবু লেংলসি ঐগী মুমদা ॥৩৫॥ চেং মুং অমুকংবু ঐনা

**অনুবাদঃ**— থংবা মুংঙাইবগী মুমিৎ ওইবা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণগী, অতৎপা লৈতনা অথোইবা প্রেমগী পুবী, পুম্নমককী অফববু পুবী, ব্রহ্মনা ঈশিং ওইবী, পাপশিংগী মশকপু কোকহনবী, মুমিৎকী মচাম্মপী যমুনা নংনা ঐখোয়গী হকচাংবু শেংহনবিয়ু। ইতি ॥৩॥

হৌজগে। অকং-অশুই মথেন্ অমতং অমদি হৱাই মনামশিংনি ॥৩৬॥ অসি হায়ত্তুনা নিমন্ত্রণ তৌতুনা হিন্দা তোংহন্দুনা ময়ুমদা পুরকলে। শ্রীচরণবু শেংতোকচবে থমোইদা অদ্বৈতনা মুংঙাইবে ॥৩৭॥ অহানবদা অদ্বৈতগী মতু সীতা ঠাকুরাণীনা লুক্ হৌজরে। আচার্য্য মহাকনা কৎননবা॥ ৩৮ ॥ চপ মান্নবা লুকফম অহুমবু মফম অহুমদা থেনগৎলে। ম্নাগী পুথমদা শ্রীকৃষ্ণগী লুক থেনগৎলে ॥ ৩৯ ॥ শেগাইদবা চংবিলা অচৌবগী থুদোন কুম্ববানি-থোই পাকপা লানা লুকথালা শেমত্তুনা। মফম অনিদা লুকপু নিংথিজনা থেনগৎচরে ॥ ৪০ ॥ ফোরেন চেংগী থোংলবা, থেল্লিবা লুককী ময়াইদা শঙ্গোমগী ঘীনা চাইববা। মাইকৈ মনিদা ইনশাংগী দোনা অমদি হৱাই মুগ থোংবনা ॥৪১॥ মথল মথা অয়াম্বা মোনশাওবীগী শাক থোংলবা। অমদি— শেবোং, মাইরেল, বড়ী, য়েন্দেম থোংবা ॥ ৪২ ॥ ওনান্‌বা অথাবা, কাবোন অথাবা হাপতুনা মহৈ মপান থোংবা। অথাবগী ঝাল থোংবা, অমৃতবু হেন্না হাওবা মথল মঙানি ॥৪৩॥ অনৌবা নিম্বগী মনাগা থামেনগা ঘীদা ঙৌতুনা থোংবা। শেবোং মপাল বড়ীগা ঘীদা থোংবা, মাইরেল যেন্দেম থোংবা ॥৪৪॥ যুবী মতোং, শঙ্গোম ছানা, থুমলবা চিনি, থোইহীনা তিনবা সন্দেশ। লফুথরো, শঙ্গোম-গা মাইরেলগা, চংথোন্না থোঙলবা পুম্নমক। ॥৪৫॥ থুম্না ছিনবা, ছিন্না থুম্বা অছিনবদা মথল ৫।৬ অয়াম্বা মীনা কৎপা ইনশাং পুম্নমকপু থোংই ॥ ৪৬॥ মুগকী বড়া, শগোলহৱাইগী বডা, লফুথরোগী বডা হাওরবা। ক্ষীরপুলী যুবীনা শাবা অযাম্বা অপাম্বা সন্দেশ ॥ ৪৭ ॥ থুদোন কুম্ববানিথোই পাকপা লাগী দোনা অচৌ অচৌবা শাহনা। য়াম্না চাওবা লিংলবা দোনা থম্না হাপ্পনা লেংবা য়াহন্দে ॥৪৮॥ ইনশাংনা থল্লবা দোনা য়াৈখ য়াৈখনা। লুকফম অহুমগী ওয় য়েত্তা পরেং কোয়না থম্লে ॥ ৪৯ ॥ নাকল অনিদা থল্লবা লৈবাক্কী চকুশিংনা থম্মী। চাঁপকলা লফোই শঙ্গোম অফম্বা সন্দেশ হায়ত্তুনা ওমদে ॥ ৫০ ॥ ঘী লোইত্তুনা হৌবা শঙ্গোম ক্ষীরবু অহনবা চফু থম্না থম্মী। মুন্না ঙৌরবা শঙ্গোমবু চেংপাক লফোই অমদি শঙ্গোমদা চগা থাদবা। অত্তুক য়াম্ববু তৌরিবা, মত্তুদা লোইনা হায়রবা ওম দবে ॥ ৫২ ॥ চাক্কী ইন্‌শাংগী মথক্তা তুলসী মঞ্জুরী হাপকৎলে। মনম মুংশিবা ঈশিংবু থম্না— হাপ্তুনা জলপাত্র অহুম থম্মী ॥ ৫৩ ॥ মাগী মথক্তা ফিশেংনা কুপলবা অরুবা আসন অহুম থারে। মতৌ অম্নুম্না সংসংনা শ্রীকৃষ্ণদা কত্তুনা লুক হাহল্লে ॥ ৫৪ ॥ আরাত্রিগী মতমদা শ্রীগৌর-নিত্যাই প্রভু অনিবু কৌশিল্লক্লে। প্রভুগা লোয়-ননা পুম্নমক লাক্তুনা আরাত্রি য়েংলরে ॥ ৫৫ ॥ আবাত্রি তৌরগা শ্রীকৃষ্ণবু থুরুমলগা চেপশিনখ্রে। আচার্য্যগোসাঞিনা লাকতুনা প্রভুদা হঙ্গৎলরে ॥ ৫৬ ॥ যুমগী মন্নুংদা প্রভুনা লুক হাবীনবা— লেংশিনবিরো। মচিন-মনাও অনিনা চংলকই অতুগী মতুংদা প্রসাদ ফংনবগীদমক্তা ॥৫৭॥ মুকুন্দ, হরিদাস অনিবু প্রভুনা কৌবকলে। খুৎ লোয়ত্তুনা মথোয় অনিনা হঙ্গৎচরকই ॥৫৮॥ মুকুন্দনা হায়রে ঐগী থজিক্তং তৌজববু মতোন্ লোমদরে। কোম্না ঐনা প্রসাদবু ফংজগে, ইবুংঙোনা মন্দিরদা লেং-শিনবিবো ॥৫৯॥ হরিদাসনা হায়রে ঐনা পাপ চেনবা অতোনবনি। মপান্দা কোম্না মুট অমত্তং চাজববু তৌজগে ॥ ৬০ ॥ অদ্বৈতনা পুত্তুনা প্রভু অনিনা য়ুমগী মন্নুংদা লেংশিল্লে। প্রসাদবু উরত্তুনা প্রভুগী থমোইদা মুংঙাইরে ॥ ৬১ ॥ অসিগুম্বা লুকপু মানা শ্রীকৃষ্ণদা কত্তুনা হাহল্লিবা। মপোক মপোকক্কী মহাককী চরণবু ইকোক্তা পুজগে ॥৬২॥ লুকফম অহুমকপু শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদনি হায়না—

প্রভুনা খল্লি। আচার্য্যগী পুকনিংগী য়াবু প্রভুগী খংবনা ওইদে ॥৬৩॥ প্রভুনা হায়রকই— ফমমো অহুমসিদা চামিন্নরসি। আচার্য্যনা হায়জৈ— ঐনা প্রসাদপু হাপচগদোরিবনি ॥ ৬৪ ॥ প্রভুনা করম্বা মফমদা ফমমুগে ? অমদি চালুক অনিবু পুরকলো। খজিক্কং পুরক্কনা, মতুদা চাক ইনশাংবু পীবিরো ॥৬৫॥ আচার্য্যনা হায়—আসনগী মথক্তা কম্বীরো। অসি হায়তুনা, খুজেং পাযতুনা ফমহল্লে ॥৬৬॥ প্রভুনা হায়রকই—চাগদবা সন্দেশশিংসি সন্ন্যাসনা চাগদবা নত্তে। মসিবু চারগা কদাইদগী ইন্দ্রিশিংবু খাম্বা ওইগবা ? ॥৬৭॥ আচার্য্যনা হায়রকই, নংগী হুয়ানবদো থাদোকউ। নংগী সন্ন্যাসগী মরৈ মরাদো ঐনা লোইনা খংই ॥৬৮॥ প্রসাদবু ফংবিরো য়াডাংগী হৈ-শিংবা থাদোকপিরো। প্রভুনা হায়, অমুক য়াম্বা চাকপু চাগদবদা লোইবা ঙমলোই ॥ ৬৯ ॥ আচার্য্যনা হায়, লৌনমদনা চাবীয়ু। মতমমতুদা চাবদা ঙমদবদো অর্মাদ চালুক্তা লৈজসন্নু।৭০॥ প্রভুনা হায, অমুক য়াম্বা চাকপু চাবদা ঙমলোই। অরেম্বা থন্নম্ব সন্ন্যাসগী ধর্ম্মবু নত্তে॥ ৭১॥ আচার্য্যনা হায, নীলাচলদা য়াঙ্খেমরিরক চাবতুদি। চাকপু অমুক অমুক চাবদা মীপোৎ চামা চামা চাবনি ॥৭২॥ মী অহুমগী চালুকনা নংগী চথোম অমনি। মতুগী শিংথাববদি মসিনা চথোম মঙাগী চাক ওইরোই ॥৭৩॥ ঐগী লাইবক ফবনা ঐগী যুমদা নংনা কৃপানা লাকপিবনি। হৈশিংবা থাদোকপিরো প্রভুনা প্রসাদবু চাবিরো ॥৭৪॥ অদ্বৈতনা অসি হায়তুনা গোসাঞি অনিগী খুত্তা ঈশিং পীবে। অনিনা প্রসাদবু ফংবদা নোকপবু হৌরকলে ॥ ৭৫ ॥ শ্রীনিত্যানন্দনা হায়, মঙানি চরা হেল্লকলবনি। ঙসি প্রসাদবু ফংবদা পুক্লিংদা য়ামনা চারগে নিংলিবনি॥ ৭৬ ॥ অদ্বৈতগী নিমন্ত্রণদা চরা অমুক হেনবা ভারে। চথোম অমগী চাকসিনা পুক তঙ্খাইসু থল্লবোই ॥ ৭৭ ॥ অদ্বৈতনা হায়, নংনা তীর্থগী সন্ন্যাসবু ওইবনি। করিগুম্বদা উহৈব, মপানবু চাই করিগুম্বদা চরাসু হেল্লি ॥৭৮॥ লাইরবা ব্রাহ্মণগী যুমদা— অতুম্বা চাক মুট অমবু ফংবদা। মতুতদা পেনবিয়ু পুক্লিংনা পাম্বব থাদোকউ ॥৭৯॥ শ্রীনিত্যানন্দনা হায, মতমমতুদা নিমন্ত্রণ তৌববদি। অম্বুকক্কী মথৈ পীহন্নিংবা, অতুক্কী মথৈ পীজগনি ॥৮০॥ শ্রীনিত্যানন্দগী য়াবু তাবদা শ্রীঅদ্বৈত ঠাকুরনা। পেনববু ফংতুনা মঙোন্দা খজিক্কংবু হায়রকই ॥৮১ নংনা অমাংবা অবধূতনি নবুক থন্নবগীদমকতা ব্রাহ্মণবু দণ্ডি তৌগে সন্ন্যাস তৌববা খংলে ॥ ৮২ ॥ নংনা চেং সের তরাগী চাকপু চাবদা ঙমগনি। ঐনা মতুবু কদাইদা ফংগনি লাইবব: ব্রাহ্মন্নি ॥৮৩॥ অতুগুম্বা চেং মুট অমতং ফংজবা মতুবু চাবগা হৌগৎলো। ভাওসন্নববু তৌগনু লুথাকসু চাইথাইগনু ।৮৪। মতৌ অম্বুমনা নোক্লবগী অপেনবদা প্রসাদিবু ফংলি। তঙ্খাই তঙ্খাই চাবগা প্রভুনা ইনশাং তঙ্খাই অমমম থম্মী॥ ৮৫ ॥ অসিগুম্বা ইনশাংদা আচার্য্যনা অমুক হন্না হাপতুনা থনহল্লি। মতৌ অম্বুমনা ইনশাংবু হন্না হন্না হাপলবদা॥ ৮৬ ॥ দোনা থল্লবা ইনশাংদো প্রভুদা ফংবিয়ু হাযজৈ। প্রভুদা হায়বকই, অমদি কয়াম্বা চাখোগে ॥৮৭॥ আচার্য্যনা হায়, অতুমনা হাপ্লিবা অদো লেম্লমগনু। হৌজিক অতুগুম্বা হাপলিবা মতুগী তঙ্খাই অমবু চারবা ।৮৮। অয়াম্বা নোললুকপদা চেকশিন্না প্রভুদা হায়জতুনা চাহল্লি। আচার্য্যগী অপাম্ববু প্রভুনা থুংহনববু তৌই ॥৮৯॥ শ্রীনিত্যাইনা হায়, ঐগী পুকপু থল্লোইদোরে। পুতুনা চংলো নংগী চাক খজিক্কংবু চাররোই ॥৯০॥ অসি হায়তুনা চাক চথোম অমা খুত্তা লৌতুনা। শাওরবগুম্বা মাংদা হুন্দুনা চাইথোকললকলে ॥ ৯১ ॥

অদ্বৈতগী মশাদা চাকমক্ত অনি মরিদং থাহুনা পল্লে। হকচাংদা চাক পুত্থুনা য়ামনা হরাওনা অদ্বৈতনা জগোই শারে॥৯২॥ অবধূতগী লুখাক্লা ঐগী ইশাদা থাবিরে। মীনম্বা অসিনা ঐঙোন্দা য়ামনা শেংবরু তৌবিরে॥৯৩॥ নঙোন্দা নিমন্ত্রণ তৌবা মতুংগী মহৈ ফংলে। নংগী জাতি শাগৈবু খংদবা মহৌশানা অঙাওবা॥৯৪॥ ঐঙোন্দা নংগা য়াম্নহল্লগে হায়না তৌরিবরা? লুখাকনা থাবদা—ব্রাহ্মণীকো হায়না কিদ্রবরা? ॥ ৯৫ ॥ শ্রীনিত্যানন্দনা হায, মসি শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদনি। মসিবু নংনা লুখাকনি হায়বদা অপরাধবু লৈরে ॥৯৬॥ মতম অসিদা সন্ন্যাস চামদং ভোজোন তৌরো। মতম অতুদা অসিগুম্বা অপরাধবু কোকৃকনি ॥ ৯৭॥ অদ্বৈতনা হায়, সন্ন্যাসি নিমন্ত্রণ তৌজররোই। ঐগী স্মৃতিগী ধর্ম্ম পুম্নমকপু মাংহল্লে॥৯৮॥ মথোয় অনিদা অসি হায়দুনা আচমন তৌহল্লে। থোইদোকপা তুষ্ফাদা পুবক্তুনা তুমহল্লে॥৯৯॥ লোংমপান, এলাইচী, অমদি কবাচিনি। তুলসী মঞ্জুরীগা লোয়ননা চিন মনম মুংশিনবা কংলে ॥ ১০০॥ চন্দন মনম মুংশিবনা হকচাংদা থোল্লে। মনম মুংশিবা লৈগী পবেংনা ভকশমদা থোল্লে॥ ১০১ ॥ অদ্বৈতনা থোং নোইবরু তৌনবগীদমক্ত নিবকই। চিংনরহুনা প্রভুনা রাহৈনা হায়বকই ॥ ১৪২ ॥ ঐবু য়ামনা জগোই শাহল্লবদা, থাদোকলো জগোই শাহনবরু। মুকুন্দ, হবিদাসগা লোয়ননা প্রসাদবু ফংলুরো॥ ১০৩ ॥ মতুংহুদা আচার্য্যনা অনিমক্কা লোইনজমহুনা। অতুম্বা পুকনিংদা লৈবা অপাম্বা ওইবা প্রসাদীদো ফংজরে॥ ১০৪ ॥ শান্তিপুরগী মীয়ামনা প্রভু লেংলকই তারহুনা। প্রভুগী চরণবু উননবগীদমক্তা মীয়ামনা লাকলে॥ ১০৫ ॥ মীয়ামনা মুংঙাইহুনা হরি হবি শোল্লে। প্রভুগী চংথোননবু উজবদা ভকথরে॥ ১০৬॥ প্রভুগী—হকচাংগী মঙাম্না মুমিৎপু ভমজনা ভাল্লি। ভাংলৈনবা কি থোনবা মতুদা কুচুনা তকুপ ভরেংই ॥ ১০৭ ॥ লাকপদা, চংপদা হরাওবা মীয়াম্না লোম্বা লৈতে। মীয়ামগী তিনখৎলকপদা মুমিৎনা তারবদা॥১০৮॥ সন্ধ্যাদা অদ্বৈতনা সঙ্কীর্ত্তনবু হৌরল্লে। আচার্য্যনা জগোই শাই, প্রভুনা মিৎয়েং তারি ॥ ১০৯ ॥ শ্রীনিত্যানন্দনা অদ্বৈতবু পুত্থুনা কোয়রি। হরিদাসনা হরাওনা তুংদা জগোই শারি॥ ১১০ ॥ (ঈশৈ) শ্রীরাধানা—হে ইতা। করি হায়রসিবা? ভসিগী মুংঙাইবগী ভমখৈনি। মুমিৎ কুইরবদা মাধবনা ঐগী য়ুমদা লেংলকলে॥ ১১১ ॥ অদ্বৈতনা ঈশৈ অসি শকতুনা হরাওনা জগোইবু শারি। হুমাংশোবা, নিকপা, পি-তাবা, তুজুংবা, হুং হায়না ভংবা॥১১২॥ করিগুম্বদা হঞ্জন হঞ্জন্না প্রভুগী শ্রীচরন্দা কোল্লরে। চরন্দা কোল্লগা প্রভুদা রাহৈনা হায়রকই॥ ১১৩॥ নংনা অয়াম্বা মুমিৎশিংবু ঐঙোন্দা নমহতুনা কোয়কৃবগা। য়ুমদা ফংজরে হৌজিক্তি পুন্দুনা থম্নগনি॥ ১১৪ ॥ অসি হায়দুনা আচার্য্যনা মুংঙাইবদা জগোইবু শাই। যুথক অমা মুমিদাংদা আচার্য্যনা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌই॥ ১১৫ ॥ প্রভুগী পুকনিংদা শ্রীকৃষ্ণ ফংদবদা প্রেমগী ফংনিংবনা। কাইনরবদা প্রেমগী মৈচাকক্কী মৈবিনা চাওখৎলে॥১১৬॥ অরাবা ওইহুনা প্রভুনা লৈবাক্তা তাখবে। অদ্বৈতগোসাঞিনা উবহুনা জগোইবু—হঞ্জল্লে॥১১৭॥ প্রভুগী রাখলবু মুকুন্দনা হাক্লফনা খংই। পুকচেনগী মান্নবা ঈশৈবু মুকুন্দনা শক্লল্লে ॥ ১১৮ ॥ অদ্বৈতনা প্রভুবু হৌগৎহল্লগা জগোই শাখবে। ঈশৈ তাবদা প্রভুগী হকচাংবু পুবা ভমজে॥১১৯॥ পি-তাবা, নিকপা, তুজংবা হুমাং শোবা, হিক হিক লাওবা। ভাহক হৌগৎলি, ভাহাক তুই ভাহাক্তংতা কপই॥ ১২০ ॥ "অরাবনি, অরাবনি থরাইগী চান্নবী ইতা করিন্নো ঐঙোন্দা

ওইদরে। শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগী হুনা পুকনিং হকচাংবু চাকলে ॥ ১২১ ॥ অহিং মুংখিন্দা চাকপনা পুক্লিংনা অতপ্পা ফংদরে। মতুদা চ.পদা কৃষ্ণবু ফংগদবা মতুদা পাইহুনা চৎকে" ॥ ১২২ ॥ ঈশৈ অসিবু মুকুন্দনা থুমলবা স্বরদা শকহ্। তাবহুনা প্রভুগী পুকনিংবু রাথন্না থিনগাইথরে ॥ ১২৩ ॥ খোইরাং-খোইশাওবা, অরাবা খাউবা ডমদবা, তয়াংবা, খোয়রবা, নোংক্লকপা। প্রভুগী পুকচেল লাম্মী-শিংদো লোয়নহুনা লান তোরে ॥ ১২৪ ॥ প্রভুগী পুকচেনগী চৈথানা পোখ্রাং শারে হিকথবে। লৈ-বাক্তা তারে হকচাংদা মুংশা স্বর হোন্দরে ॥১২৫॥ য়েংহুনা অয়াম্বা ভক্তশিংনা করিনো খল্লিভৈদা। খংহৌদনা হৌগৎলগা প্রভুনা ডংহুনা ॥ ১২৬ ॥ হায়য়ু হায়যু হায়হুনা জগোইদা মুংডাইবদা ডক্লে। অকনবা রাথলগী অয়াংবদো খংবা ডমদরে ॥১২৭ প্রভুবু ফারবা শ্রীনিত্যাইগা লোয়নন্না কোয়না লৈরি। আচার্য্য হরিদাসনা তুংদা জগোই শাহুনা লৈরকলে ॥১২৮॥ মতৌ অসুম্না যুথক অমা হয়াওনা জগোই শারি। রাথলগী অয়াংবনা করিগুম্বদা হরাওই, করিগুম্বদা রাই ॥১২৯॥ মুমিৎ হুম্নিবু চরা হেল্লকপা প্রসাদীবু ফংবদা। উদ্দণ্ড কৌবা জগোই শাবদা প্রভুগী য়ামনা রাববনি ॥১৩০॥ ওইহুনমকপু প্রেমদা পুকনিংনা চংখিবনা রাবা— খংদে। শ্রীনিত্যাইনা প্রভুবু ফাজিন্দুনা থমথরে ॥১৩১॥ আচার্য্য গোসাঞিনা মতুংহুদা সঙ্কীর্ত্তনবু থামলে। অহিংদা অয়াম্বা সেবা তৌহুনা প্রভুবু তুমহল্লে ॥ ১৩২ ॥ মতৌ অসুমনা মুমিৎ তরানিবু প্রসাদী ফংহুনা নামবু শোন্দুনা। মশক অমতা ওইনা প্রভুগী সেবাবু অদ্বৈতনা তৌই ॥ ১৩৩ ॥ নোংডানবদা আচার্য্যরত্ননা দোলাই তোংহনহুনা শচীমাতাবু ভক্তশিংগা লোয়নন্না পুহুনা লাকলে ॥ ১৩৪ ॥ নদীয়া নগরগী মুপী অডাং অহন্নাচিংবা

অমাম্বা মীশিংনা লাকৃপদা য়ায়া চিনবা হেনগৎলে ॥ ১৩৫ ॥ মন্দিরদা প্রভুনা জগোই শাই, নাম সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরি। আচার্য্যরত্ননা শচী পুহুনা অদ্বৈতগী যুমদা লাক্লবদা ॥ ১৩৬ ॥ প্রভুনা শচীগী মাংদা দণ্ডবৎ ওইনা তাবরে। তম্পাক্তা পমথৎলগা শচীনা কপলকলে ॥ ৩৮॥ অনিগী শকপু উনবদা অনিমক্তা ডক্লরে। শমবু উৎবদা শচীনা অডকপা ওইথরে ॥১৩৮॥ মশাদা নানবী, চিন্দা চুপই, চিংনা য়েংই। উবা ফংদরে মিত্তা পিনা থনথরে ॥১৩৯॥ শচীনা কপতুনা হায়রকলে— ইমাগী মুংশিবা নিমাঞি। বিশ্বরূপকা মান্না তমথিবা তৌগনু ॥ ১৪০ ॥ সন্ন্যাসী ওইহুনা ঐডোন্দা উহনবিদরে। নংনা অদু তৌরবদি ঐগী থরাই থারগনি ॥১৪১॥ প্রভুনা কপতুনা হায়, ঐগী ইমানা তাবিযু। হক-চাংসি নংগীনি থজিক্তং ঐগী নত্তে ॥ ১৪২ ॥ হকচাংসি ইমাদগী পোকপনি নংনা য়োক্লকপনি। মপোক কোটিদা ইমাগী লমনবু শিজদবদা ডম-লবোই ॥১৪৩॥ খংনা খংদরে তৌইগুম্বসুং সন্ন্যাসবু তৌকরে। তৌহুনমকপু ইমাদি করিগুম্বদা হুন্দোক-পা তৌরোই ॥ ১৪৪ ॥ ইমানা মফমহুদা হায়বা ঐনা মতুদা লৈগনি। ইমানা অহুম্না য়াথং পীবা মতুমক্তবু তৌজগনি ॥১৪৫॥ অসি হায়হুনা হন্না হন্না খুরুমজরি। পেনবীহুনা শচীনা হন্না হন্না কোনবীরে ॥ ১৪৬ ॥ অদুগী মতুংদা অদ্বৈতনা শচী পুহুনা য়ুমগী মনুংদা চংখরে। ভক্তশিংনা প্রভুবু উিন্ননিংবনা অথুবা ওইনা ॥১৪৭॥ অয়াম্বা ভক্তশিংনা অমমম ওইনা প্রভুবু উিন্নররে। পুম্ন-মককী মাইয়োক থাহুনা প্রভুনা চেংনা কোক্লি ॥ ১৭৮ ॥ তৌইগুম্বসুং শমবু উৎহুনা ভক্তশিংগা অন্নাবযু ফংলে। অন্নাবা ফংহুনমকপু নিংশিংনদ-হবু উবদা মুংডাইবা খোইদোকনা ওইরে ॥১৪৯॥

শ্রীবাস, রামাই, বিদ্যানিধি, গদাধর। গঙ্গাদাস, বক্রেশ্বর, মুরারি, শুক্লাম্বর, ॥১৫০॥ বুদ্ধিমন্তখান, নন্দন, শ্রীধর, বিজয়। বাসুদেব, দামোদর, মুকুন্দ, সঞ্জয়॥১৫১॥ অয়াম্বা নবদ্বীপ্তা লৈবশিং কয়ামরুমগী মিংবু লৌজরে। তিন্নহুনা পুম্নমক্তা প্রভুনা নোক-তুনা থৌজানগী মিংয়েং তারি॥১৫২॥ পুম্নমকনা হরি হবি শোল্লি মুংভাইনা জগোই শারে। আ-চার্য্যগী মন্দিরস্সি শ্রীবৈকুণ্ঠপুরী ওইখবে॥ ১৫৩॥ শ্রীমহাপ্রভুবু উগদবগী অয়াম্বা মীশিংনা লাকই। অয়াম্বা খুন্দগী অমদি নবদ্বীপুগী লাক্লিবশিংদো ॥১৫৪॥ পুম্নমক্তা লৈফম পীবে, চাক ঈশিংবু পীজ-পীথকই। অদ্বৈতগোসাঞিনা অযাম্বা মুমিৎপু পুম্নমকপু মতোন লোমনা তৌই॥১৫৫॥ আচার্য্য-গোসাঞিগী ভাণ্ডারদো ময়েং তাদরে থন্দুনতা লৈবে। অযাম্বা পোৎপু লৌথোকপদা অমুক হন্না হান্নগুম্না ওইরে॥১৫৬॥ মুমিৎসিদগী শচীনা থোং-তুনা লুক কৎলগা। প্রসাদীবু ভক্তশিংগা লোযননা প্রভুবু ফংহল্লে॥১৫৭॥ মুংথিন্দা আচার্য্যগী পেন-থরে প্রভুগী শকপু উজবদা। মুমিদাংদা প্রভুগী সঙ্কীর্ত্তনবু তৌই মীয়ামনা য়েংবা লাকই॥ ১৫৮॥ কীর্ত্তনবু তৌবদা প্রভুগী কৃষ্ণগী ভাবনা থোক্লকলে। যুম্বীগুম্বা, নিকপা, তুজুংবা, পি-তাবা, হিক হিক লাওবা, হাম্বা॥১৫৯॥ প্রভুনা হাইহত্তুনা যুইনা লৈবাক্তা তাথরে। উরবদা শচীমাতানা কপতুনা হায়রকই শ্রীমদনগোপালদা॥১৬০॥ লৈরিবা ইচা নিমাঞিগী হকচাংবু তুম্বা তারে অম্নুম্না তৌরবদি অরাবনি, অরাবনি কপ্তুনা শ্রীবিষ্ণুগী নাক্তা বরবু অম্নুমনা নিরে॥১৬১॥ ঐনা অঙাং ওইরিঙৈদগী অম্নুমনা নংগী সেবাবু তৌরকপা। মতুগী মহৈবু ঐঙোন্দা শ্রীনারায়ন্না পিবিয়। ইচা নিমাঞিনা লৈবাক্কী মথক্তা তাবা অতুবা মতমদা নিমাঞি-গী মশাদা অতুম্না অরাবা ফংহনবিগনু॥ ১৬৩॥

শচীমাই মতৌ অম্নুমনা মচাগী মুখশিবদা ঙকল্লে। হরাওবা, অকিবা, নোক্লকপা রাথলশিংদো অরাবা ওইরে॥ ১৬৪॥ শ্রীবাসনচিংবা অয়াম্বা ব্রাহ্মণ-ভক্তশিংনা। প্রভুবু প্রসাদী ফংহনুনা পেলহনখে পুম্নমকী পুক্লিংনা নিংই॥ ১৬৫॥ মতু তাবদা শচীনা পুম্নমক্তা নোক্লুকচৈ। ঐনা ইচা নিমাঞিবু উবে, অমুক্তি কদাইদা কংগনি?॥১৬৬॥ নখোয় পুম্নমককীদি অতোপপা মকমদা লোয়নহুনা তিন্ন-রুনি। লাইবক থিবী ঐগীদি হন্দকমুক্তং উন্নরিবস্সি মঙাইরে॥১৬৭॥ অতুপকী মথে আচার্য্যগী যুমদা লৈবিবা নিমাঞিগী। ঐনা ভিক্ষাবু পীজগে ঐনা পুম্নমক্তা নিজরি পীবিযু॥১৬৮॥ তাবদা ভক্তশিংনা থুরুমহুনা হায়রকই। অতুম্না ইমাগী নিংবা মতুবু পুম্নমক্কী য়াজরবনি॥১৬৯॥ মমাগী মীপাইবা উবদা প্রভুগী পুক্লিংনা থক্কৎলে। পুনশিনহল্লগা ভক্তশিং-দা রাহৈ অমবু হায়রকই॥১৭০॥ নখোয়গী রাথং নত্তুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎলুইদো। চংলুবদা ঙমদহুনা অকাইবনা হল্লক্লে॥১৭১॥ তৌইগুম্বসুং থুনা য়াংনা সন্ন্যাসবু তৌরুরে। অতুমকপু নখোয় পুমনমক্তগী ঐবু থাদোকপিন্নুকো॥ ১৭২॥ হিংতুনা লৈরিবা অতুপকী মথৈবু নখোয় পুম্নমকপু থাদোকলোই। অতুককী মথৈবু ইমাবুসু ঐনা থাদোকচবা ঙমলোই ॥১৭৩॥ সন্ন্যাস ধর্ম্ম নত্তেদো সন্ন্যাস তৌরগা। মাগী শাগৈ লোয়নহুনা মাগী পোকফমদা লৈবদো ॥১৭৪॥ অতুমুনা কনাগীসু অকাইবা ওইদবা, ইমানা লৈমু হায়বা মফমদা লৈজগে। মসিবু লেপ্পবিয়ু, মতুদা লৈরবদা ঐগীসু ইমাগীসু অনিগী ধর্ম্ম থোকই ॥১৭৫ প্রভুগী থুমলবা রাহৈ অসি তারহুনা। অদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা শচাগী মনাক্তা চংজক্তুনা ॥১৭৬॥ মঙোন্দা প্রভুগী হায়জবা পুমনমকপু হায়রবে। তারবদা জগৎকী মমা শচীনা হায়বকলে ॥১৭৭॥ মতমসিদা ইচানা মফমসিদা লৈরবা মতম

অহুদা ঐগী মুংঙাইবনি। মতমহুদা মাগী অকাইবা ওইরবদি মহুনা ঐগী অৱাবনি॥ ১৭৮॥ মরমহুনা ঐনা লেপচবা অসিনা ঐগী পুকনিংদা অফবনি লৌরে। নীলাচলদা লৈরসন্থ মতম অহুদা থবক ২বু অপাংবা ওইরে॥১৭৯॥ অহুমনা নীলাচলস্থ, নবদ্বীপস্থ মান্নবা মুম অনি ওইরে। ইচানা নীলাচলদা ঐনা নবদ্বীপ্তা লৈরগা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা মীদগী তত্তনা পাওবু ক'নগনি॥১৮০॥ নথোয় পুম্নমকস্থ চৎথোক চৎশিন তৌরগনি। করিগুম্বদা মানা গঙ্গাদা স্নান লাকৃকনিদনা।১৮১॥ ঐগী অৱাবা মুংঙাইববু মসিদা থন্দরে। মাগী মুংঙাইবা মহুনা ঐগী মুংঙাইবনি থল্লে॥১৮২॥ তাংদা ভক্তশিংনা শচীদা থাগৎলকলে। বেদগী য়াথংনা ভৌবগুমনা ইমা নংগী ৱাহৈনি॥১৮৩॥ ভক্তশিংনা প্রভুগী মাংদা লাক্‌নুা হায়ররে। তাবহুনা প্রভুগী পুকনিংদা মুংঙাইরে॥১৮৪॥ অয়াম্বা নবদ্বীপকী ভক্তশিংনচিংবা পুম্নমক্কা ইকাই খুম্নবা ৱাহৈনা প্রভুনা হায়রকই॥১৮৫ অয়াম্বা নথোয় পুম্নমক্কা ঐগী থোইদোকপা মক্নপ্নি। ঐনা ভিক্ষাসিবু নিজবি মথোয পুম্নমক্কা ঐঙোন্দা পীবিরো॥১৮৬॥ চৎলগা নয়ুমদা অতৎপা লৈত্তনা কৃষ্ণগী সঙ্কীর্ত্তনবু তৌকো। শ্রীকৃষ্ণগী নামনা কৃষ্ণগী মন্ত্রনা শ্রীকৃষ্ণবু পেন্‌বিনবা নিংউ॥ ১৮৭॥ যাথং পীরো নীলাচলদা ঐনা চৎচথবগে। মবক মবক্তা লাক্‌নুা নথোযদা উহল্লগে।।১৮৮॥ পুম্নমক্কা অসি হায়হুনা প্রভুনা থজিক্কং নোক্ত্‌নুা। ইকাই খুম্নুা প্রভুনা বিদায়বু তৌরে॥ ১৮৯॥ পুম্নমক্কা বিদায তৌরগা প্রভুনা চৎলগে নিংলে। প্রভুদা— মতমহুদা হরিদাস ঠাকুরনা থৌজানবিনবা ৱাহৈনা হায়রজৈ॥১৯০॥ ইবুংঙোনা ক্ষেত্রদা লেংখ্রবদা ঐগী পাঙ্গল করিনো? নীলাচলদা চৎকদবদা ঐগী পাঙ্গল লৈজদ্রে॥ ১৯১॥ অতোনবা ঐনা নংগী চরণবু উবা ফংদ্রবদা। অসিগুম্বা পাপচেনবা পুন্সিবু করম্‌না হিংগবা?॥১৯২॥ প্রভুনা হায় নংনা নোললুকপবু হঙ্গল্লো। নংগী নোল্লুকপদা ঐগী পুক্লিংনা ৱাথরে॥১৯৩॥ নংগীদমক্তা শ্রীজগন্নাথদা লৈকম পীয়ু হায়জগে। শ্রীপুরুযোত্তমদা ঐনা নংবু পুহনা চৎলগা পুনসি চুপনা লৈমিন্নগনি॥ ১৯৪॥ অহুগী মতুংদা আচার্য্যনা নোল্লুকনা হায়জৈ। প্রভুনা থৌজানবিহুনা মুমিং নিনি মরিদংতা লৈবিখো॥১৯৫॥ অদ্বৈতগী ৱাহৈদো প্রভুনা হিক্তোক্তরে। চত্তরে অদ্বৈতগী ময়ুমদা পম্বহুনা লৈরে॥ ১৯৬॥ অদ্বৈত অয়াম্বা ভক্ত ১স্থং শচীমাতাস্থ মুংঙাইরে। অদ্বৈতনা মুমিং খুদিং য়ামনা নিংথিনা উৎসোব তৌই॥ ১৯৭॥ ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা মুংহিন্দা কৃষ্ণগী ৱাবু ঙাংহুনা লেল্লি। অহিংদা মহামহোৎসোবকা লোযননা সঙ্কীর্ত্তনবু হবাওনা তৌই॥১৯৮॥ মুংঙাইনা শচীনা লুক হৌহুনা কৎলবা প্রসাদীবু ভক্তশিংনা থৌগনবা প্রভুবু মুংঙাইনা পীজ-পীথকই॥১৯৯॥ আচার্য্যগী থাজবা ভক্তিনা যুমগী লেংদবা মরলনা সম্পতিনা। প্রভুবু নিংজবগী পুম্নমকনা মহৈ ম্বাল্লে॥২০০॥ মচাগী মাইথোংবু উরবদা শচীগী মুংঙাইববু হেনগৎলে। চাবহুনা— মাগী মুংঙাইবনা থনথরে॥২০১॥ মতৌ অস্মুমন' অদ্বৈতগী যুমদা ভক্তশিংগা লোযনবদা। কযাদা হরাওবনা মুমিং কয়ানিমকুম লেল্লে॥২০২॥ তরানিগী নোংঙানবদা প্রভুনা ভক্তশিংদা হায়রকই। নংগী নংগী নয়ুমদা পুম্নমকনা হল্লো॥২০৩॥ য়ুমদা হল্লগা পুম্নমরা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লু। মতুংদা ঐগা লোয়ননা পুম্নমক্কা উন্নসি॥ ২০৪॥ করিগুম্বদা নথোযনা ক্ষেত্রদা শোযদনা লাকউকো। করিগুম্বদা ঐনস্থ গঙ্গাগী স্নান্দা লাকচগনি॥২০৫॥ শ্রীনিত্যানন্দনে জগদানন্দ পণ্ডিত, দামোদর পণ্ডিত অমদি মুকুন্দদত্ত॥২০৬॥ অসিগুম্বা মরিমক্তা অদ্বৈতনা য়াথং পীহুনা প্রভুদা শিন্নরে। প্রভুনা

অমা শচীবু খেরজল্লগা চরন্দা খুরুম্‌লগা ।। ২০৭ ।। মতোন্দা য়েংওইননা কোয়রগা যাত্রা তৌরক্লে, চৎলকলে। অসোমদা অদ্বৈতগী য়ুমদা কপ্তুনা হৌগৎখরে ।। ১০৮ ।। হয়া য়েংওমদনা প্রভুনা— লেংলকলে। কপ্প- কপ্পহুনা অদ্বৈতনা তুংইল্লকলে ।। ২০৯ । খরা লাপনা লাক্লবদা প্রভুনা খুৎ লোন-নহুনা। অথুম্বা রাহে খজিক্তং হায়হুনা অদ্বৈতদা থামলকলে ।।২১০।। ইমাবুস্থু খেমজল্লু ভক্তশিংস্থু অরাবা কোকহল্লু। নংনা রারবদা কনা অমতা হিং হুনা লৈররোই ।। ২১১ ।। অসি হায়হুনা প্রভুনা মতোন্দা কোল্লগা। হলহল্লকলগা প্রভুনা মনিং তমনা চৎখরে ।। ২১২ ।। ভক্ত মরিগা লোয়নহুনা গঙ্গাগী মপান্দা লেংলক্লে। প্রভুনা ছত্রভোগগী লম্বীদা নীলাদ্রিদা লেংলকই ।।২১৩।। প্রভুগী নীলা-দ্রিদা লেংবসি চৈতন্য ভাগবত্তা। শ্রীবৃন্দাবনদাসনা শত্তোকনা লেংখরে ।।২১৪। অদ্বৈতগী য়ুমদা প্রভুগী শায়ববু মীহুনা তারবদা। মতোন্দা খিন্দনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী লনবু তিল্লজগনি ।। ২১৫ ।। শ্রীরূপ রঘুনাথ-গী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জে ।। ২১৬ ।।

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌরগা শ্রীঅদ্বৈতগী য়ুমদা শায়ববু হায়বা অহুমশুবা পরিচ্ছেদনি।

# চতুর্থ পরিচ্ছেদ

যস্মৈ দাতুং চোরয়ন্ ক্ষীরভাণ্ডং গোপীনাথঃ ক্ষীরচোরাভিধোঽভূৎ।
শ্রীগোপালঃ প্রাদুরাসীদ্বশঃ সন্ যৎপ্রেম্ণা তং মাধবেন্দ্রং নতোঽস্মি ।।১।।

অন্বয়ঃ ।— যস্মৈ— মাগীদমক, দাতুং—পীনবগীদমক, ক্ষীরভাণ্ডং—শঙ্গোম ক্ষীর চফু অমবু, চোরয়ন্—হুরান্দুনা, গোপীনাথঃ—শ্রীগোপীনাথ কৃষ্ণনা, ক্ষীরচোরাভিধঃ—ক্ষীর হুরানবা মিং কৌবনা, অভূৎ—ওইখি, শ্রীগোপালঃ—শ্রীগোপালদেবনা, যৎ প্রেম্ণা—মাগী প্রেম্‌তনা, বশঃসন্—থুহুম চন্দুনা, প্রাদুরাসীৎ—ফাওবা ওইখি, তং—অদুগুম্বা, মাধবেন্দ্রং—শ্রীমাধবেন্দ্রবু, নতঃ অস্মি— ঐনা খুরুমজে। ইতি ।।১।।

অনুবাদঃ —শ্রীমধবেন্দ্র, মাগীদমক পীনবগী-দমক ক্ষীর চফু অমবু হুরান্দুনা পীখি, শ্রীগোপীনাথ কৃষ্ণনা শঙ্গোম ক্ষীর হুরানবা মিং কৌবনা ওইখি। শ্রীগোপালদেবনা মাগী প্রেমনা থুহুম চন্দুনা ফাওবা ওইখি, অদুগুম্বা শ্রীমাধবেন্দ্রবু ঐনা খুরুমজে। ইতি ।।১।।

শ্রীগৌরচন্দ্রবু হয়া হয়া খুরুমজে, শ্রীনিত্যাইবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতবু হয়া খুরুমজে, গৌরভক্তগী মপৈবু খুরুমজে ।। ১ ।। নীলাদ্রিদা লেংবা প্রভুনা জগনাথ দর্শন তৌবা। সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগা প্রভুগা লোয়নহুনা তিম্নবা ।। ২ ।। প্রভুগী অসিগুম্বা অয়াম্বা লীলাবু শ্রীবৃন্দাবনদাসনা। অথোইবা—

শিংথাবকু শস্তোকপা তৌথদে ॥৩॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলা অসি মহৌশনা অভকপা অভুতনি। শ্রীবৃন্দাবন-দাসনা চিন্দগী শিংথবরবা অমুগী ঈচেল্লি ॥৪॥ মরম অসিদা মহুবু লেংলুরবদা হল্লনবা ওইরগনি। মতম অতুদা মাপন তৌনা লেংবগী অচুম্বা পাঙ্গল লৈতদে ॥৫॥ শ্রীচৈতন্য ভাগবতা লেংখরবা মতুবু। মসিদা সুত্র ওইনা লীলাসি ঐনা হায়জরি ॥৬॥ মাগী সুত্রদা লৈবা, মানা শস্তোকনা লেংলমদবা। লীলাসিবু অতুমনা ঐনা য়াম্না য়াজনা লেংজবনি ॥ ৭ ॥ মরম অতুনা মাগী চরন্দা ঐনা খুকমজরি। মাগী চরন্দা ঐগী অপরাধবু লৈতবা ওইসনু ॥৮॥ মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা নীলাচলদা লেংলকলে। ভক্ত মরিগা লোয়ননা হরাওনা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌমিন্নৈ ॥৯॥ নোং-মদি ভিক্ষা নিনবগীদমক্তা প্রভুনা খুন অমদা লেং-শিল্লকলে। নিবদা মতোন্দা পীরকপা চেং য়ামনা পুরকলে ॥ ১০॥ লেংলকপা লম্বীদা অচৌ অচৌবা খেন্নারিশিংনা পনহনখিদে। মথোয় পুম্নমক্তা থৌজানবিরম্লগা রেমুনাদা লেংলকলে ॥১১॥ রেমুনা-দা য়াম্না ফজবা শ্রীগোপীনাথ কৃষ্ণ লৈ। মাগী চরন্দা ভক্তি তৌই দর্শনবু তৌজৈ ॥ ১২ ॥ মাগী পাদ পদ্মগী মনাক্তা অরুম প্রভুনা খুকল্লী। গোপী-নাথগী লৈগী চুড়ান প্রভুগী কোক্তা তারকলে ॥১৩ লৈগী চুড়াবু ফংবদা প্রভুনা পুক্লিংদা মুংওাইরে। ভক্তশিংনা থৌগল্লুনা য়াম্না জগোইদা ঈশৈ শকই ॥১৪॥ প্রভুগী পুকচেনবু উবদা প্রেম, শক, গুণ খিবিক্তা। গোপীনাথগী মনাইশিংনা য়াম্না ভকথরে ॥১৫॥ অয়াম্বা মতৌদা তু শিরকদা প্রভুগী পেম্নবা তৌই। অসিগুম্বা অহিংদো মতুদা প্রভুনা লেম্লুনা লৈখোকলে ॥১৬॥ ক্ষীর মহাপ্রসাদীবু পামল-বদা অহুম্না মতুদা লৈরে। মমাংদৈদা ঈশ্বরপুরীনা মতোন্দা হায়খিবা য়াদি ॥ ১৭ ॥ ক্ষীর হুরানবা গোপীনাথ মাগী অমিংবু কাওখিবদো। অচুওম্বা

য়াজিদো প্রেভুনা ভক্তশিংদা য়াদি লীলি ॥ ১৮ ॥ মমাংদৈদা শ্রীমাধবপুরীগীদমক্তা ক্ষীরবু হুরানখিঙ ॥ মরম অতুনা "ক্ষীর চোরা গোপীনাথ" কৌখি ॥১৯॥ মতুংদি মমাংদৈদা শ্রীমাধবপুরীনা শ্রীবৃন্দাবনদা লাকতুনা। অসুম কোয়রক কোয়রকপদা শ্রীগিরী-গোবর্দ্ধনদা লাকলে। ২০॥ প্রেমদা মরাই কাহুনা মানা অহিং মুংথিলবু খংখিদরে। মিংকুপ অমা লৈবাক্তা তায়, মিংকুপ অমনা হৌগৎলি, মকমদি মকম নত্তে খংখিদরে। ২১॥ শ্রীগোবর্দ্ধন পরি-ক্রমা তৌরগা গোবিন্দকুণ্ডদা লাক্তুনা। সন্ধ্যাদা স্নান তৌরগা দাননিবর্ত্তনকুঞ্জগী মচিগী উথোংদা ফমতুনা লৈ ॥ ২২ ॥ শ্রীগোপালনা অঙাং ওইতুনা শঙ্গোম চফু অমা পুতুনা। লাক্লগা মমাংদা চফু পায়তুনা লেপলগা নোক্‌লগা খজিক্তং হায়রকই ॥২৩॥ হে পুরী! শঙ্গোমসি লোরগা নংনা থকউ। করিগী নিতুনা চাত্রিবা, করিবু নিংইবা? ॥ ২৪ ॥ অঙাংগী চংথোক্লবদা পুরীগী অপেনবা ওইথরে। মহাকৃকী থুমলবা য়াইদা অবাম্বা খৌরাংবা কোক-থরে ॥ ২৫ ॥ পুরীনা হায়— নং কনানো? নংগী লৈফম কদাইদনো? ঐনা চরা হেনববু করমনা খংবগে; ২৬॥ অঙাংনা হায়, ঐ গোপনি খুন অসিদা লৈবনি। ঐগী খুনসিদা চরা হেনবা ১তা লৈতে ॥ ২৭ ॥ কনানা চাক নিতুনা চাই, কনানা শঙ্গোম থকই। নিদবা মীশিংদা মাগী চানবদো ঐনা পীবী ॥২৮॥ মুপীশিংনা ঈশিং শোকপা লাক-পদা উতুনা নত্তোন্দা। শঙ্গোম পীয়ু হায়তুনা অয়াম্বা মুপীশিংনা ঐতোন্দা থারকপনি ॥ ২৯ ॥ শঙ্গোম গুম্‌থিগনি অতুনা ঐনা থুনা চঙলগে অমুক হন্না লাকৃকনি ঐনা চফু অসিবু লৌরথি-গনি ॥৩০॥ অসি হায়তুনা অঙাংনা চংথরে অমুক উখিদরে। মাধবপুরীগী পুকনিংদা য়াম্না ভকপ্রে ॥৩১॥ শঙ্গোম থক্লগা চফুবু চামথোক্তুনা থম্লগা

ডাইরে। চংথিবা লমীদা য়েংবদা অতুগুম্বা অডাংনা অমুক হন্না লাক্তরে ॥৩২॥ অতুদগী পুরীনা কম-ফুনা নাম্বু শোনথরে অহিং তুমদরে। মপানগী মচৎ লৌতুনা অহিংগী মমৈদা ডহাক্তং তুম্মী ॥৩৩॥ মংদা লাকতুনা পুরীগী মমাংদা অতুগুম্বা অডাংনা উহল্লরে। পুরীগী খুজেং পাইতুনা কুঞ্জ অমদা পুতুনা চংলকলে ॥ ৩৪ ॥ কুঞ্জবু উহল্লগা হায়— ঐনা কুঞ্জ অসিদা লৈবিবনি। নোংজু-মুংশিৎ, উন, লম্মৈ চাকপদা য়ামনা অৱাববু ফংই ॥ ৩৫ ॥ অন্নকুটগ্রামগী মীয়াম্বু পুরকতুনা গোবর্দ্ধনগী কুঞ্জ-দগী ঐবু লৌথৎলু। গোবর্দ্ধনগী মথবৃতা পুখৎ-তুনা অফবা মপ্তৌ ওইনা ঐবু থম্মু ॥ ৩৬ ॥ মতুদা লিংথতুনা মন্দির অমতং শারগা থম্মু। য়াম্না ইংলবা ঈশিংদা ঐগী হকচাংবু ইরুজবীয়ু ॥ ৩৭ ॥ নংগী লম্বীদা ঐনা য়েংলিবা মুমিৎ কুইখরে। কবম্বা মুমিত্তা লাকৃতুনা মাধবনা ঐগী পেন্নববু ফোনগা ॥ ৩৮ ॥ নংগী মুংশিবনা খুতুম চল্লবদা পেন্নবা তৌববু ঐনা লৌবিবদা। সংসার পুম্ন-মকপু উহল্লগা মংনা লানবীয়ু ॥৩৯॥ ঐগী ঈমিংবু শ্রীগোপাল, গোবর্দ্ধনধারী কৌই। মসিদা ব্র-য়েল্লম্বা ব্রজনাভগী প্রেম্না লিংথৎপা ঐনি ॥ ৪০ ॥ চিংগী মথক্তগী ঐবু কুঞ্জদা লোৎলমলগা। ঐগী ইনাইশিংনা যবনশিংবু কিরবদা চেন্দুনা চৎখরে ৪১। মতুদগী ঐনা গোবর্দ্ধনগী লোক্তী কুঞ্জসিদা ঐনা লৈবনি। ফরেদা লাকৃলবা নংনা ঐবু পুকনিং তপনা লৌথৎলু ॥ ৪২ ॥ অসি হায়বমলগা অডাং অতুনা উহন্দনা চৎখ্রে। মিকপ খোক্লতুনা মাধব পুরীনা অৱেপপবু থনথি ॥৪৩॥ শ্রীকৃষ্ণ উববদা ঐনা থংজবা ডমথিদরেদা অসি হায়তুনা মুংশি-বদা পুকনিং চংতুনা পৃথিদা তাতুনা ॥৪৪॥ ডাহাক কপলগা পুরীগী পুকনিংনা তপথখরে। য়াথংবু ডাকনবগীদমক্তা তপথবা ওইরে ॥৪৫॥ নোংডাম-

বদা ইরুজরগা পুরীনা অন্নকুটগ্রাম মম্নাইদা লাক-তুনা। অমতা ওইনা পুলহল্লগা মীয়ামদা হায়— ॥৪৬॥ খুনগী মীয়াম নখোয়গী নবুংডো শ্রীগো-বর্দ্ধনধারী কৌবা। অমা কুঞ্জদা লৈরে, চৎলো অতুমনা মাবু মপান্দা লেংখোকউসি ॥৪৭॥ ডমথৈ লৈতনা শুকই, কুঞ্জদো চংগদবদা ডমলোই। য়োং শিংজং পুজম্মু চংকম খোং শেমনবা ॥৪৮॥ তার-বদা মীয়ামনা মাগা লোয়ননা হরাওনা চৎলকলে। ককৃতুনা খোঙ শেমলগা কুঞ্জদা অম্নাং পানা চং-লকলবদা ॥ ৪৯ ॥ লৈবাক্তা নাপীনা কুপশিন্দুনা লৈবা মবুংডোবু উজবে। উরবদা অয়াম্বা মীশিংনা মুংডাইবদা অডকপা ওইরে ॥৫০॥ কুপশিল্লম্বী-বদো হাইদোকলগা শ্রীগোপালনি খংহল্লবদা। ঈ-বুংডোদি য়াম্না লুম্মী কনানা লেংহনগদবদা ডমদে ॥ ৫১ ॥ য়াম্না পাঙলবা মী গয়াম্না অমতা ওইনা পুল্লগা। চিংগী মথক্তা ঠাকুরবু পুরতুনা চৎলকলে, য়ৌবে ॥৫২॥ মুংপাক্কী সিংহাসন্দা ঠাকুববু কম-হল্লে। অচৌবা মুং অপাকপা অমনা তুংদা নাথব ওইরি ॥৫৩॥ খুনগী অয়াম্বা ব্রাহ্মণশিংনা অহনবা চফু ময়াম্ লৌরুতুনা। ছানানা চুমতুনা গোবিন্দ কুণ্ডগী ঈশিংবু শোক্লকলে ॥৫৪॥ ঈশিং শোকপা চফু চামা পুরকৃতুনা থুংলরে। অয়াম্বা পুং, ভেরী মৈরবদা মুপীশিংদা ঈশৈবু শকহল্লি ॥৫৫॥ কনানা ঈশৈ কনানা জগোই শাই য়ামনা হরাওরে। অয়াম্বা পোৎলমবু চেকশিন্না পুহল্লকলে ॥৫৬॥ অন্ন-কুট খুন্দগী অয়াম্বা দধি, শঙ্গোম, ঘী পুতুনা লাক্লে। চানবা পোৎলম সন্দেশনচিংবা কয়ামকম্বু পুতুনা লাকলে ॥৫৭॥ ফি, লৈ, তুলসীনচিংবা অয়ামবা পোৎশকপু লাকলে। শ্রীগোপালদেবদা শ্রীমাধব পুরীনা ইরুজববু তৌরকলে ॥ ৫৮ ॥ হকচাংগী অমোৎপা পুম্নমকৃতো ইরুজতুনা কোক্লে। অয়াম্বা থাও তৈতুনা শ্রীঅঙ্গবু তরু তহেল্লে ॥ ৫৯ ॥

পঞ্চগব্য, ( দহি, দুধ, শঙ্গোম অনৌবা, অকম্বা. ঘী ) পঞ্চামৃত, ( শঙ্গোম অনৌবা, অকম্বা. ঘী, খোহী, চিনি, ) না অহানবদা ইরুজরগা। অতুদগী চফু চামগী ঈশিংবা চাইথতুনা অখোইবা ইরুজরে ৬০॥ অমুক হম্না থাও তৈতুনা নিংথিবা হকচাংবু লংহল্লে। মোইবুংদা হাপলবা মনম মুংশিবা ঈশিংদা ইরুজবা মতোল্লোমলে ॥৬১॥ শ্রীঅঙ্গবু শিং-নান্দুনা ফিরোনবু থোলে। শ্রীঅঙ্গদা চন্দন তুলসী' লৈপরেং থোল্লে ॥ ৬২ ॥ ধুপ, থাওমৈ অয়াম্বা চানবা সন্দেশবু কৎলে। অয়াম্বা শঙ্গোম অকম্বা অনৌবা সন্দেশনচিংবা থজিক্কংবু কৎলে ॥৬৩॥ অহনবা চফুদা লৈ কর্পূরনা মনম মুংশিবা ঈশিংবু হাপ্তুনা ফাম্নবা কৎলে। অচমন কৎলগা অমুক হম্না হা-নবা পাম্না কৎলে ॥৬৪॥ আরাত্রি কৎলগা পেনবীনবা য়ামনা হায়জরে। দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমলগা আত্মাবু কৎচরে ॥ ৬৫ ॥ অতুদগী খুনগী অয়াম্বা চেং, হয়াই, গেহুগী য়াম। পুম্নমক্না পুরক্তুনা পীরবনা চৌংথক্কো থল্লরে ॥ ৬৬ ॥ চফু শ্যাবগী য়ুমদা অয়াম্বা লৈবাকৃকী চফু লৈবা লৌ-রুক্তুনা। ময়ামনা লাকতুনা নোংঙানবদগী থোঙ্গৎ-তুনা রসোই হৌথরে ॥৬৭॥ পুজারী ব্রাহ্মণ ১০ না থোংলিবা চাকনা মপৈ অমা ওইরে। মী ৪ | ৫ না হয়াইনচিংবা অয়াম্বা ইনশাং থোংই ॥৬৮॥ বনগী উনা, উহৈ, মপাল. মরুগী মথল মথা ওইবা ইনশাং। ব্রাহ্মণশিংনা কনানা বড়া, কনানা বড়ীবু থোংই ॥ ৭৯ ॥ মী মঙা তরেৎনা তল মপৈ মপৈ হৌরি। লৈরিবা চাক, ইনশা' পুম্নমক্কো থ।দা তাউতুনা থোংলবনি ॥৭০॥ অহনবা ফি থারে মতুদা পাঙ্গোং-মনা অমুক থারে। মতুগী মথক্তা থোংই থোংইবা চাক্কো থিতুনা পৈশল্লে ॥ ৭১ ॥ মাগী মনাক্তা তল্ পৈশল্লিবদো চীং মচা ওইরে। অয়াম্বা হয়াই থোংবা চফুশিংনা মাইকৈ মরিদা থম্মী ॥৭২॥ অতুগী মনাক্তা শঙ্গোম অকম্বা অনৌবা থোমথা শিখরিণী। ক্ষীর, মাখন, ঘী পুরক্তুনা মনাক্তা থম্মী॥ ৭৩ ॥ অন্নকুটপু মতৌ অসঃমনা চাক, ইনশাং পুম্নমক পৈশিন্দুনা শেমলে। পুরী গোসাঞিনা শ্রীগোপালদা কৎলে॥৭৪॥ অয়াম্বা চফু মনম মুংশিবা ঈশিং হাপ্তুনা কৎলে। মুমিং কুইনা লাম্বদগী শ্রীগোপালনা পুম্নমকপু চাথরে ॥৭৫॥ শ্রীগোপালনা চাক ইনশাং পুম্নমকপু লোইনা চাথোকলে তৌইগুম্বম্মুং। মাগী খুৎনা শোকপদা চাক্লা অমুক হম্না হাম্নগুম্না ওইথরে ॥ ৭৬ ॥ মসিবু মাধব গোসাঞিনা তশেংনা থংই। মাগী মকমদা গোপালগী থজিক্তা লোৎপা ডমদে ॥৭৭॥ নোংম্না মুমিৎতুগী থৌরাংদা অম্রুম্না ডমথৈ নাইদনা হরাওরে। গোপালগী মতিক্তা ওইরি-বদো অতোপ্নদা থংহন্দে ॥৭৮॥ আচমন কৎলগা পাম্না-খিলীবু কৎলে। আরাত্রি তৌরে মীশিংনা গোপাল জয় জয়বু হায়রে — ॥ ৭৯ ॥——

অহনবা শয্যাদা লেংসিন্দুনা গোপালবু চেপহল্লে। মাগী মথক্তা অহনবা ফিনা কুপতুনা থোঙ্গল্লে ॥৮০॥ নাপীনা তেপ চপতুনা মাইকৈ মরিদা থাঙ্গল্লে। মথক্তস্থ তেপ অমা থাংগত্তুনা কুপশিল্লে ॥ ৮১ ॥ পুরীগোসাঞিনা ব্রাহ্মণ পুম্নমকৃত্তা য়াথং পিবীরে। খুনগী মীয়াম অহন অঙাং কাওবা চাবদা য়াওহল্লে- ॥৮২॥ অয়াম্বা মীনা মথং মনাও ফমতুনা প্রসাদীবু ফংলকলে। ব্রাহ্মণ ব্রাহ্মণীশিংদা হায়তুনা মাংদা চাহল্লি ॥৮৩॥ অতোপপা খুনগী মীশিংনা য়েং-গদবগী লাকপা অতুগুম্বা। গোপালবু য়েংলিবা পুম্নমক্তা প্রসাদবু চাজহল্লে ॥ ৮৪ ॥ পুরীগী মতিক্কো উরতুনা মীশিংদা অঙকপা ওইরে। মমাংঙৈগী অন্নকুট অতুগুম্না সংসংনা ওইরে। ৮৫॥ ব্রাহ্মণ পুম্নমক্তা পুবীনা বৈষ্ণব ওইহল্লে। অতু অতুগুম্বা সেবাগী মরক্তা পুম্নমক্তা থৌদাথরে ॥৮৬

তুমিৎ তাবদা অমুক হন্না গোপালবু সেবানা হৌ-গংহল্লে। চানবা সন্দেশ থজিক্তুংগা ঈশিংসু ফাম্নবা কৎলে ॥৮৭॥ গোপালনা ফাওরক্লে হান্ননা দেশদা নিম্নথরে। মাইকৈ মরিদা লৈবা খুনগী মীশিংনা লাকৃতুনা য়েংলরবদা ॥৮৮॥ নোংমে নোংমগী খুন অমমমনা নিতুনা লৌরগা। অন্নকুটপু পুম্নমকনা হরাওনা কৎলে ॥৮৯॥ অহিংগী মতমদা ঠাকুরবু চেপশিল্লে। পুরীগোসাঞিনা শঙ্গোম থজিক্তুং চাজরে ॥ ৯০ ॥ নোংঙানবদা অমুকহন্ন অতুমনা সেবাবু তৌই। খুন অমগী মীযামনা চেং পুতুনা লাকলে ॥ ৯১ ॥ চেং ঘী, শঙ্গোম অনৌবা, অফম্ব খুন্দা অয়াম্বা লৈববু। গোপালগী মাংদা মীযামনা পুবকৃতুনা থম্মবে ॥ ৯২ ॥ ঙবাংগুমনা ব্রাহ্মণশিংনা পুম্নমক থোংলগা। অতুম্না কৎপা অন্নকুটপু শ্রীগোপালনা লোইনা হাথবে ৯৩॥ শ্রীকৃষ্ণদা ব্রজদা লৈবশিংগী মহৌশানা নুংশিবনি। ব্রজবাসীশিংগী এংমদা গোপালগী মহৌশানা নুংশি ॥৯৪॥ অয়ামবা মীশিংনা লাক্তুনা মহাপ্রসাদপু চাজবে। গোপালবু উরবদা পুম্নমকৃকী অন্নাবা নুংনাংবা কোকলে ॥ ৯৫ ॥ মাইকৈ মরিদা লৈবা ব্রজ লৈবাকৃকী খুন পুম্নমক্না। নোংম-নোংমগী পুন্নমক্না মহোৎসবপু তৌরি ।.৯৬॥ গোপালনা ফাওববু তাতুনা অয়াম্বা দেশদগী। অয়ামবা পোৎলম পুতুনা মীশিংনা লাকৃনরক্লে ॥৯৭॥ য়াম্না য়ামনা ইনাকখুনবা মথুরাগী মীশিংনা। অয়াম্বা অচা অথক খুদোন পোৎপু পুরক্তুনা ভক্তি তৌনা কৎলৈ ॥৯৮॥ স্না, লুপা, ফি, গন্ধ-চন্দন, চানবা অচা-অথক পোৎলমশিংনা। মশিং নাইদনা নিতিগী পুরকৃলবদা ভাণ্ডাবগী চাওখৎলে ॥৯৯॥ য়াম্না ইনাক খুনবা ক্ষেত্রি অমনা মন্দিরবু শাতুনা কৎলি। কনানা ব্রানহৌশং কৎলি, কনানা চেকপনবু কোইরম্মী ॥১০০॥ ব্রজবাসী অমমম ষণবী অমমমবু গোপালদা কৎলে। গোপালগী ষণবী লিশিং লিশিং য়ামনা লৈথরে ॥ ১০১ ॥ গৌড়-দেশদগী ব্রাহ্মণ বৈরাজ্ঞ অনিথক লাকতুনা চং-জররে। পুরীগোসাঞিনা মথোয়বু চেকশিননা তৌতুনা থম্বীরে ॥১০২॥ অতুগুম্বা অনিবু শিষ্য ওইতুনা গোপালগী সেবাবু শিন্নরে। অথোইবা সেবা অসিনা পুরীগী নুংঙাইবনা চাওখৎখরে ॥১০৩॥ মতৌ অসুমনা চহি অনি সেবা তৌরক্লে। নোংমা সুমিত্তি পুরীগোসাঞিনা মংদা উরে ॥১০৪ গোপালনা হায় পুরী। ঐগী মৈচাকপু কোক্তরে। কর্পূরগা, যাব-চন্দনগা তন্নগা তৈরো— মতমন্তদা মতুবু ইংগনি ॥১০৫॥ চৎতুনা নীলাচলদগী যাব-চন্দন কর্পূরবু পুরকউ। অতোপ্পদগী ওইরোই নংমক্তনা থুনা চৎলো ॥ ১০৬ ॥ মংবু উবদা পুরী গোসাঞিনা নুংশিবদা পুন্নং চংবা ওইখ্রতুনা। প্রভুগী যাথং ঙান্নবগীদমক্তা নীলাচন্দা চৎলগে ॥১০৭॥ হায়তুনা মীযামদা পেনবীনবগী মথমদো শিন্নবমলে। গোপালগী য়াথং নিরগা গৌড়দেশদা যাত্রা তৌরকলে ॥১০৮॥ লাকপনা শান্তিপুরদা, অদ্বৈতআচার্য্যগী যুমদা লাকৃলবদা। পুরীগী প্রেম্মু উবদা অদ্বৈতনা থমোইদা নুংঙাইথরে ॥১০৯॥ চেকশিন্না তৌতুনা মাগী মফমদগী অদ্বৈতনা মন্ত্র লৌরে। মঙোন্দা দীক্ষা পীরমলগা পুরীনা দক্ষিন্দা লেংলকলে ॥১১০॥ রেমুনাদা গোপীনাথবু দর্শন তৌররে। মাগী মশক উবদা পুকনিংনা প্রেমদা চংথরে ॥১১১॥ জগমোহন্দা ফমতুনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই। হা-নবা পোৎপু করি করিবু কৎ-পগে ব্রাহ্মন্দা হংই ॥১১২॥ সেবাগী চংথোনবতু উবদা পুকনিংদা নুংঙাইরে। মফমসিদা অথোইবা হা-নবা পোৎপু কৎপা তাই চাংদম্না থংলে ॥১১৩॥ অসুমনা মসিদা হা-নবা কৎপা পুম্নমকসি হঙ্গে। অতুমনা থোংলগা হা-নবা গোপান্দা ঐনা

কংকে ॥১১৪॥ ব্রাহ্মণগী মফমদা মবম অসিগী দমক্তা হংলকলে। অয়াম্বা হা-নগী মরমদা — ব্রাহ্মণা লোইনা হাযরে ॥ ১৫॥ সন্ধ্যাগী হা নবা ক্ষীর অমৃত কেলি কৌববু কংলি। চফু ১২ থম্না কংলি· অমৃতগা মান্নে ॥ ১১৬ ॥ "গোপীনাথগী ক্ষীর" হায়না মহাকৃকী অফাওবা ওইরি। ১দি পৃথিবীদা অস্তুমনা চাবদা হাওবা কদাইদসু লৈতে ॥১১৭॥ মতমত্থদা অহুম্বা হা-নবদো ঠাকুবদা— কংলকলে। তাববদা পুরীগোসাঞিনা থজিক্তং পুক্রিংদা রাথল তৌই ॥ ১১৮ ॥ মতম অসিদা নিরুদনা প্রসাদী ক্ষীববু থজিক্তং ফংলগা। মহাওবু থংলগা গোপালদা অতুমনা ক্ষীরবু কংকে ॥১১৯॥ অসিবু নিংবদগী ইকাইববু ফংতুনা পুবীনা বিষ্ণুবু নিংশিংই। মতম অহুদা লুক কাইতুনা আরাত্রি কংলে ॥১২০॥ আবাত্রি যেংলগা পুবীনা খুরুম-লগা। মপান্দা থোক্লকলে, অমুক হন্না থজিক্তংবু হায়বমদরে ॥১২১॥ পুবীদি নিদবা মচংনি সংসারবু থারবনি পুকচেন ককই সন্ন্যাসনি। নিদনা ফং-লবদা চাই, নত্রবদি চবা হেল্লি ॥ ১২২ ॥ শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবদা পেল্লি অবাম্বা থোরাংবনা রাদে। ক্ষীরদা অপাম্বা ওইথিবা মতুদা অপবাধনি নিংতুনা ॥১২৩ খুনগী অহাংবা কৈথেনগী মচি অমদা ফমতুনা— নাম্বু শোনথরে। অসোমদা পুজারীশিংনা ঠাকুরবু চেপশিনথরে ॥১২৪॥ মথোয়না তৌজগদবা অহু তৌরগা পুজারীশিংসু তুমথরে। মংদা গোপী-নাথনা লাকতুনা রাহৈনা হাযবকই ॥ ১২৫ ॥ হৌগংলো পুজাবী। থোংবু হাংতাকলো। ক্ষীর চফু অমথক থমহৌরে সন্ন্যাসগীদমক্তা ॥ ১২৬ ॥ ঐগী গুপ্তাগী মতোম্না ক্ষীব চফু অমবু কৃপশিল্লি। ঐগী মাযানা মতুবু নথোয়দা খংহন্দ্রনি ॥১২৭॥ শ্রীমাধবপুরী কৌযনি, সন্ন্যাসিদো কৈথেনগী মচিদা ফমতুনা লৈরে। অসিগুম্বা ক্ষীববু মডোন্দা পুতুনা থুনা পীযু হায়রম্মী ॥ ১২৮ ॥ মংদা উব-দগী পুজারীনা রাথলবু তৌরগা থোং হাংলগা ঈরুজরগা মন্দিরগী থোংবু হাংলরে ॥ ১২৯ ॥ গোপীনাথগী গুপ্তাগী মতোন্দা অতুগুম্বা ক্ষীরবু ফংলে। মফমতু তৈথোক্লগা ক্ষীর পুতুনা মপান্দা থোকলকলে ॥ ১৩০ ॥ মন্দিরগী থোং থিংলগা খুন্দা অতুম্বা ক্ষীরবু পুতুনা লাকলে। কৈথেন কৈথেন্দা কোযরি মাধবপুরীবু য়েতুনা ॥১৩১॥ মাপী মমিং মাধবপুবী কৌতুনা অসিগুম্বা ক্ষীরবু লৌ হায়রকই। নংগী মবমগীদমক্ত গোপীনাথনা ক্ষীববু হুববনি ॥১৩২। ক্ষীববু লৌরগা নুংডাইনা নংনা চাবো। মবোল অহুমদা নংগা মান্নৌনা— লাইবক ফবা লৈতে॥১৩॥ অসি তাবদা পুরী গোসাঞিনা ঐনি খংহল্লকই। ক্ষীরবু পীতুনা পুজাবীনা মডোন্দা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুম্মী ॥১৩৪। পুজাবীনা ক্ষীরগী রারমদো মডোন্দা হায়রকলে। তাবদা শ্রীমাধবপুবীনা মুংশিবদা পুকনিং চংখ্রে ॥১৩৫॥ প্রেমসু উবদা ডকৃতুনা পুজারী সেবকনা হায়রকই। অতুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু মহাকৃকী খুতুম চন্দুনা থম্বদা মতিক চাই ॥১৩৬॥ অসি হায়তুনা খুরুম-লগা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণদা হনথরে। পুক্রিং চংল-বদা পুরীনা ক্ষীরবু অতুমনা চাজরে ॥ ১৩৭ ॥ চামলগা চফুদো মচেৎ মচেৎ থুগাইরে। অতু গুম্বা মচেৎশিংদো বহির্ব্বাসদা পুনশিন্দুনা থম-থরে ॥ ১৩৮ ॥ মুমিৎ খুদিংগী মচেৎ অমতংবু পুবীনা চাজৈ। অডকপা রানি, চাবদা মুংশিবদা পুরিংবু থুংবা ওইবি ॥১৩৯॥ ঠাকুরনা ঐডোন্দা ক্ষীববু পীববু অয়াম্বা মীশিংনা তাবদা। ঐগী মিং-চৎপু খংতুনা নোংডাল্লবদা মীয়াম তীল্লরনি থন্দুনা ॥১৪০॥ মসিবু কিবদগী পুরীনা নোংডাল্লমদাইদা চংনিংতুনা। মফমতুদা গোপীনাথদা দণ্ডবৎ তৌনা

খুরুমলগা ॥ ১৪১ ॥ চংলক চলকৃতুনা শ্রীনীলাচলপুরীদা লাকৃলবদা। জগন্নাথবু য়েংই মুংশিবদা অঙকপা ওইখবে ॥১৪২॥ প্রেমদা চংতুনা তুই হৌগংলি নোকই, জগোই শাই, ঈশৈ শকই। জগন্নাথবু উরবদা য়ামনা মুংঙাইবা ফংখরে ॥১৪৩ জগত্তা ফাওরবা শ্রীমাধবপুরী শ্রীপাদনা লাক্লে হায়তুনা। অয়াম্বা মীশিংনা লাক্কুনা মঙোন্দা য়ামনা ভক্তিবু তৌই ॥১৪৪॥ অসুম্না জগত্তা ফাওবসি মিংচংকী হৌনবীনি। মানা পামদবদা মাগী বিধাতানা শেম্বা ওইবি ॥ ১৪৫ ॥ মিংচংকী— অকিবদা চেন্দুনা চংথিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগা লোয়নবদা মিংচংনা পক্কুনা চংলি ॥১৪৬॥ চেললগে হায়না পুকনিংনা অয়িনবা ওইরে তৌইগুম্বসুং। ঠাকুরগী চন্দনগী থৌরাংনা অপুনবা ওইবে ॥ ১৪৭ ॥ অয়াম্বা জগন্নাথগী সেবকশিং অয়াম্বা মতিক চাওববা। পুন্নমক্তা পুরীনা গোপালগী য়ারম পুন্নমকপু তমলে ॥১৪৮॥ গোপালনা চন্দনবু নিরকই তাববদা ভক্তশিংনা। মুংঙাইরবদা চন্দনগীদমক্তা চেকশিন্না তৌরকলে॥ ১৪৯॥ নিংথৌগী অঙম্বশিংদা মতুগী মবমতুবু থংনা য়ানরে। মঙোন্দগী নিতুনা কর্পূর চন্দনগী ময়োম য়োমখ্রে ॥১৫০॥ ব্রাহ্মণ অমগা, চন্দন পুনবা সেবক ১গা লোয়ননা। পুরীগোসাঞিগী থৌগন্দো মযোমগা লোয়ননা পীরে॥ ১৫১ ॥ লম্বীগী লৌবিবা মমল কোক্লবা নিংথৌগী লাইরিকপু লৌতুনা। পুরী গোসাঞিগী খুত্তা নিংথৌনা মবোল্ ইবদা পীরে ॥১৫২॥ মাধব পুরীনা চন্দন পত্তুনা চংলকপদা মুমিৎ কয়ানিদা রেমুনাদা লাক্কুনা থুংলরে॥১৫৩। গোপীনাথগী চরন্দা য়ামনা খুরুমলগা। প্রেমদা চংতুনা মপান নাইদনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই ॥১৫৩॥ পুরীবু উবদা অয়াম্বা ইকাই খুম্নবা সেবা তৌই। ক্ষীর প্রসাদবু মঙোন্দা পীতুনা চাজহল্লে ॥১৫৫॥ অহিং অতুদা দেবালয়দা তুমথরবদা। অহিংগী মমৈদা পুরীনা মংবু উজরে ॥ ১৫৬ ॥ গোপালনা লাক্কুনা হায়— হে মাধব তারো। কর্পূর, চন্দনবু ঐনা লোইনা ফংলে ॥ ১৫৭ ॥ অতুগুম্বা চন্দন পুন্নমক্তো কর্পূরগা পুন্না তক্লগা। শ্রীগোপীনাথগী হকচাংদা নিত্তিগী তৈত্তুনা থোল্লো ॥ ১৫৮ ॥ অসিগুম্বা গোপীনাথগা ঐগা হকচাং অমতনি। মঙোন্দা চন্দন পীবদা ঐগী মৈচাকপু কোকৃকনি ॥১৫৯॥ অনিনি থনগম্মু, পুক্লিংদা— খজিক্কুং চিংনববু তৌগম্মু। ঐগী য়াহৈদা থাজনা চন্দনবু গোপীনাথদা কংলু ॥১৬০॥ অসি হায়রগা গোপাল হনখরে, গোসাঞিনা হৌগংতুনা। গোপীনাথগী সেবকশিংদা কৌতুনা পুরক্লগা ॥১৬১॥ প্রভুগী য়াথং লৈবে অসিগুম্বা কর্পূর চন্দনবু। লোইনা গোপীনাথগী হকচাংদা নিত্তিগী থোল্লো ॥ ১৬২ ॥ মসিদা চন্দন থোল্লগা গোপালনা ইংলগনি। অতুগুম্বা মনিং তম্বা ঈশ্বর মাগী য়াথংনা হেন্না পাঙজিল্লি ॥১৬৩॥ শ্রীগোপীনাথদা গ্রীষ্মঋতুদা চন্দনবু থোলবদা তাবে। তাবদা সেবকশিংগী পুক্লিংনা মুংঙাইজরে ॥১৬৪॥ পুরীনা হায়, মথোয় অনি অসিনা চন্দনবু তকসম্মু। অতোপপা মী অনিদং পীম্মু মতুনা য়েন্দুনা চন্দনবু পীসম্মু ॥ ১৬৫ ॥ চন্দনবু তক্কুনা মুমিৎ খুদিংগী মংগী অসুমনা থোল্লো। থোল্লবদা সেবক পুন্নমকনা মুংঙাইরতুনা ॥ ১৬৬ ॥ গ্রীষ্মঋতুনা লোম্বা ফাওবা মুমিৎ খুদিংগী চন্দন থোল্লে। মকম অতুদা অহপকী মথৈবু নোমনা পুরীনা লৈবে ॥১৬৭॥ গ্রীষ্ম লোমলবদা অমুক হন্না নীলাচলদা লাক্কুনা। নীলাচলদা চতুর্মাস্য মুংঙাইনা লৈববে ॥১৬৮॥ নীচৈতন্যগী শ্রীমুখন— লিতুনা শ্রীমাধবগী লমচং অমৃতবু। ভক্তশিংদা তাহন্দুনা প্রভুনা চাববু তৌবি ॥১৬৯। শ্রীপ্রভুনা

তথাহি—পদ্যাবল্যাং মাধবেন্দ্র পুরীবাক্যম্।

**অয়ি দীনদয়ার্দ্র নাথ হে মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।**
**হৃদয়ং ত্বদলোককাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহম্।২॥**

**অন্বয়ঃ**।—অয়ি—হে, দীনদয়ার্দ্র— অতেনববু থৌজান্বীহৈবা, হে নাথ— হে ইবুংঙো, হে মথুরা নাথ—হে মথুরাগী মবুংঙো, হে দয়িত—হে চান্নবা, কদা—করম্না মতমদা, অবলোকসে—নংবু উজরসিবা, ত্বদলোককাতরং—নংবু উদবগী অরাবনা, হৃদয়ং—ঐগী থমোইনা, ভ্রাম্যতি—ওকলে, অহং—ঐনা, কিং করোমি—করিবু তৌগনি। ইতি ॥ ২ ॥

হায়, নিত্যানন্দ। রাখল তৌরো। জগত্তা পুরীগা মান্নবা লাইবক ফবা অমতা লৈতে ॥১৭০॥ শঙ্গোম পীবা পাওথোংনা মঙোন্দা কৃষ্ণনা উহল্লি। মংদা অচুমলক লাক্তুনা মঙোন্দা য়াথংবু তৌথি ॥১৭১॥ মাগী প্রেমদা খুৎচুম চন্দুনা গোপালনা ফাওবা ওইখি। মাগী সেবাবু লৌহুনা জগৎপু লান্বীবি গোপালনা ॥১৭২॥ মাগীদমক্তা গোপীনাথনা ক্ষীরবু হুরানখি। কর্পূর চন্দনবু পুবদা অরাবনি। পুরীনা অরাববু ফংগনি অসিবু গোপালনা খংই ॥ ১৭৪ ॥ য়ামনা থৌজাল হৈবনি, ইবুংঙোনা মনাইবু চানবনি। চন্দনবু খোন্দুনা ভক্তগী অরাববু মহৈ — য়ানহল্লি ॥১৭৫॥ পুরীগী মুংশিবগী ডমথৈদো রাখল তৌরো। মীচমদা ওইদবা প্রেমদো পুক্রিংদা অঙকপা ফংলে ॥১৭৬॥ থোইদোকপা বিরক্তিনি য়ারেম ডাংদে পুম্নমক্তা পুকনিংবু ককই। মীয়াবু কিবনা অতোপপগা অনিশুনা তিন্নদে॥ ১৭৭॥ অসিগুম্বা মীনি গোপালগী য়াথং ফংলবনি। ক্রোশ লিশিংবু লাকতুনা কোয়রগা চন্দনবু নিখি ॥১৭৮॥ চরা হেল্লবদা অতুমকপু চাকনিঙুনা চাদে। অসি-গুম্বা মীনা চন্দনগী অরুম্বা পুহুনা চংলি ॥১৭৯॥ চন্দন মন অমগা কর্পূর তোলা কুনগনি অতুবু। গোপালদা থোনগদবনি মসিগী মুংভাইবনা থন্দুনা য়াদরে ॥১৮০॥ উৎকলদেশকী লম্বী মমল লৌবনা চন্দনবু উহুনা ফাহুনা থমলে। মহুদা নিংথৌগী লাইবিক্তা উহন্দুনা লাম্থোকই ॥১৮১॥ পাওনগী লৈবাক্তা অবাপ্পা লম্বীদা খুদোং যামনা থিযে। করমনা চন্দনবু পুগবা ? মসিগী রাখলবু লৈতে ॥১৮২॥ ঘাটকী মমল পীনবা লি'কোন অমতম্ভ পুজমদে। অতুম ওইনমক চন্দনবু পুহুনা চৎপদা পুরীনা হবাওই ॥১৮৩॥ অসিগুম্বা থোইদোক্লা চেংলবা প্রেমগী মহোশাগী মচৎনা। মশাগী অরাব অকাইবনচিংবা রাখলবু তৌদে ॥১৮৪॥ অসিগুম্বা য়ামনা চেংপা মাগী প্রেমু জগত্তা উনবতা। গো-পালনা মঙোন্দা চন্দনবু লৌরুনবদা য়াথং পীবনি ॥১৮৫॥ য়ামনা রারবদা রেমুবাদা চন্দন পুরকপদা মুংভাইবা চাওখৎলি। পুকনিংদা অম্রাবা থল্লুদে ॥১৮৬॥ জগৎনা খংনবক্তা গোপালনা য়াথংবু পীবনি জগত্তা খংহল্লগা মমৈদা গোপালনা থৌজানবী ॥১৮৭॥ অসুমনা ভক্তি তৌবা ভক্তবু চানবিবসি কৃষ্ণগী ব্যবহারবনি। খংজরে ঐথোয় পুম্নমককী ভক্তিবু চৎপা অধিকার ওইররোই ।১৮৮॥ অসি হায়তুনা মাধবপুরীগী তৌথরবা শ্লোকপু প্রভুনা থিবকলে। অসিগুম্বা শ্লোকনা থা ওইনা থোক্লবদা জগৎনা উজববু তৌরি ॥১৮৯॥ অতুম্না তক্ল তক্লগা যাব চন্দনগী মচিনা। মনম চাওখৎপা অতুমনা শ্লোক অসিগী রাখলদা ওই ॥ ১৯০ ॥

রত্নশিংগী মরক্তা—কৌস্তুভ মণিনা তৌবগুম্বনি। অতুমনা রস কাব্যগী মরক্তা শ্লোকসিতবু শিংথারি ॥১৯১॥ শ্লোক অসিবু শ্রীরাধা ঠাকুরাণীনা হায়খ্রবনি, শ্রীরাধাগী কৃপা থৌজান্দগী ফাওহনবীরবা পুরীগী ময়াহৈনি ॥১৯২॥ করিগুম্বদা গৌরচন্দ্রনা শ্লোকসিবু চাববু তৌরি। অমদি শ্লোক্তী রসবু চাগদবদা মী মরিবু শুত্রি ॥১৯৩॥ শ্লোক অসিবু থির থিরদুনা পুনসিগী মমৈদা শ্লোক অসিগা লোয়নদুনা পুরীগী সিদ্ধিবু ফংথি ॥১৯৪॥

**অনুবাদঃ।** শ্রীরাধানা কৃষ্ণদা, হে অতোনববু খৌজানবীহৈবা, হে ইবুংঙো। হে মথুরাগী মবুংঙো। হে চান্নবা। করম্বা মতমদা নংবু উজবসিব, ? নংবু উদংগী অরাবনা ঐগী থমোইনা ডকলে, ঐনা কবিবু তৌগনি ? ইতি ॥২॥

( হায়রিবা পুকচেলসি মাথুবনি, উত্তমা ভক্তি বাগানুগা বৈধভক্তিনি। মতুদি শ্রীগুরুগী পাদাশ্রয়-দগীনা সখীমঞ্জুরীদগী শ্রীরাধিকাদা চংজবগা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবগীদমক্তা থৌগনখ্রবগী মতুংইন্না পুক্রিং, লৌশিং, মিহুন, খোঙ্গেল, মুংশাম্বর, থরাই মতা অসিগা লোয়ননা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবগী-দমক্তা হরিনাম, দীক্ষা-মন্ত্র, গায়ত্রী অসিনা ১তা ওইনা পুন্না তৌরকপা থৌরাং হায়জরকপগা—কোম্লনা শিজরবদি, নিত্যসিদ্ধ-মঞ্জুরীনা শ্রীনিত্য বৃন্দাবনদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী সিদ্ধিনা প্রেম সেবাবু থৌগজদুনা লৈ। ইতি— )

শ্লোক অসি খিবদা প্রভুনা রাম্থখরে। প্রেমদা—লাকশিনবা ভমদদুনা লৈবাক্তা তাখরে ॥ ১৯৫ ॥ তকুপ তরাংনা তম্পাক্তা শ্রীনিত্যানন্দনা লৌথত্তুনা কোল্লবগী মতুংদা হৌগৎলবদা শ্রীগৌরচন্দ্রনা কপ-তুনা ॥ ১৯৬ ॥ প্রেম্না ময়াই কারে— হৌগৎতুনা ডাওফৈ ডাওফৈ চেল্লি। ডংলবদা নোকই, লাওই, জগোই শাই, ঈশৈ শকই ॥ ১৯৭ ॥ হন্না হন্না "অয়িদীন অয়িদীন", হায়রকই। থৌবিদা থোন থোকখিদরে, পিগী মরীনা শিন্থরে ॥১৯৮॥ নিকপা, হুমাং শৌবা, হকচাং তুজুংবা, যুন্নীগুম্বা, কুচুওনবা। মুংনাংবা, অরাবা, ফকচনবা, থোয়বা হরাওবা, নোল্লুকপা ॥১৯৯॥ শ্লোক অসিদা প্রেমগী থোং হাং-দুনা পুম্নমক'স ওইবে। প্রভুগী প্রেমগী মরৈবু উবদা গোপীনাথগী সেবকশিংনা ডকলে ॥ ২০০ ॥ মীশিংগী য়ামশিল্লকপা উবদা প্রভুগী মপান ওইরে। ঠাকুরগী লুক কাইদুনা আরাত্রি কংলে ॥ ২০১ ॥ ঠাকুব চেপশিল্লগা পুজারী মপান্দা থোরক্লে। প্রভুগী মাংদা পুবক্তুনা প্রসাদী ক্ষীর চফু ১২ পীরৈ ॥২০২॥ ক্ষীরবু উবদা মহাপ্রভুগী মুংডাইবা চাওখৎলে। ভক্তশিংদা পীজনগীদমক্তা ক্ষীর চফু মতা লোহোরে ॥২০৩॥ ক্ষীর চফু তরেৎ পুজারীদা হন্না পীবিথরে, হনহনথরে। ক্ষীর চফু মতাদা য়েন্নদুনা চানবে ॥২০৪॥ মতমদুদা মাগী মশক ওইবা গোপীনাথদা কংপা প্রসাদপু চাথরে। ভক্তিবু উৎপদা প্রসাদীবু প্রভুনা চাবনি ॥২০৫ নামসঙ্কীর্ত্তন-দা অহিং অসি লেল্লে। নোংডানবদা মঙ্গলারাত্রি য়েংলগা লেংলকলে ॥২০৬॥ গোপাল গোপীনাথ পুরী গোসাঞিগী মগুণবু। লোয়নবা ভক্তশিংদা হায়রগা প্রভুগী শ্রীমুখনা রসসিবু চারি ॥২০৭॥ মপু মনাই অনিগী মতিকপু অসিগুম্বা রারিসিদা হায়রি, প্রভুগী মনাই চানবীৰা ১দি ভক্তগী মবুংঙো মুংশিবা ভমথৈনি ॥২০৮॥ অসিবু থাজবা ওইদুনা অচুগুম্বা মীদুনা তাজবদা। মানা শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা প্রেমমনবু ফংজগনি।২০৯ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খু-রুমজদুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥২১০॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা শ্রীমাধবেন্দ্রগী লমচৎ অমৃতবু চাবব হায়রবা মরিশুবা পরিচ্ছেদনি।

# পঞ্চম পরিচ্ছেদ

পদ্ভ্যাং চলন্ যঃ প্রতিমাস্বরূপো ব্রহ্মণ্যদেবো হি শতাহগম্যম্।
দেশং যযৌ বিপ্রকৃতেঽদ্ভুতেহং তং সাক্ষিগোপালমহং নতোঽস্মি ॥১॥

**অন্বয়ঃ** ।—প্রতিমাস্বরূপঃ—অশাবা মশক ওইবা, ব্রাহ্মণ্যদেবঃ—ব্রাহ্মণবু লুনা তৌবা, যঃ—মানা, পদ্ভ্যাম্—খোং অনিনা, চলন্—চত্তুনা, বিপ্রকৃতে—ব্রাহ্মণগী ফনবগীদমক্তা, শতাহগম্যং—ষুমিং চামনি চৎকদবা, দেশং—বিদ্যা নগরদা, যযৌ—চৎখি, তং—অতুগুম্বা, অদ্ভুতেহং—অঙকপা তৌবা, সাক্ষী গোপালঃ—সাক্ষীগোপালবু, অহং—ঐনা, নতোঽস্মি—খুরুমজরি। ইতি ॥১॥

**অনুবাদঃ**—অশাবা মশক ওইবা ব্রাহ্মণবুস্থ লুনা তৌবা, মানা খোং অনিনা চৎতুনা ব্রাহ্মণগী-দমক্তা ষুমিৎ চামনি চৎকদবা বিদ্যানগর দেশদা চৎখি। অতুগুম্বা অঙকপসিবু তৌবা সাক্ষীগোপালবু ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥ ১ ॥

( তৌরিবা সাক্ষী সে হরিনাম দীক্ষামন্ত্র, কাম গায়ত্রী কোন্নরা ষুংশিরক্রবদা শ্রীকৃষ্ণনা পেনবীবগী মশক থংহনবনি )।

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজৈ, গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥ শ্রীচৈতন্যনা চংলক চংলকপদা—যাজপুরগ্রামদা লাক্কুনা। প্রভুনা বরাহদেববু খুরুমলবদা দর্শন তৌবদা ॥২॥ প্রেমদা জগোইনা ঈশৈনা য়ামনা নৈসি-নৈথোল্লি। যাজপুরদা অহিং অসি নৈরগা নোংঙানবদা লেংলকক্লে ॥৩। কটক্তা শ্রীসাক্ষীগোপালবু য়েংজরবদা। শ্রীগোপালগী চং-খোনববু উবদা ষুংঙাইবতা ওই ॥৪॥ প্রেমদা চংহুনা জগোই শাই, ঈশৈ শকই মিংকুপ কয়ামুক। পুক্লিং চংহুনা শ্রীগোপালদেববু পেনবীনবা হায়জৈ ॥৫॥ ভক্তশিংনা খোগন্দুনা অহিংদো মত্তুদা লৈত্তুনা। ভক্তশিংগা লোয়নহুনা গোপালগী কুইরবা ৱারিবু তাবদা য়ামনা ষুংঙাইখি ।৬॥ শ্রীনিত্যানন্দগোসা-ঞিনা তীর্থদা লাকপা মতমদা। সাক্ষীগোপল য়েং-গদবগী কটক্তা লাকপদা ॥৭॥ মীগী মচিন্দগী সা-ক্ষীগোপালগী ৱারিবু তাখিবনি। শ্রীনিত্যাইনা ৱারি অসিনা প্রভুগী মাংদা লিবদা য়াম্না ষুংঙাই-থরেদা ।৮। মামাংঙৈদা বিদ্যানগরদা ব্রাহ্মণ ২থক লৈরম্মী। তীর্থবু সেবা তৌগে হায়রবগীদমক্তা—মখোয় অনি চৎমিন্নৈ ।৯॥ গয়া, বরানসীনচিংবা ত্রিবেণী প্রয়াগ স্নান তৌরগা। মথুরাদা লাকপদা মখোয় অনিদা য়ামনা ষুংঙাইহুনা ॥১০॥ বনযাত্রাদা বনবু নিংথিনা উজৈ অমস্তুং গোবর্দ্ধনবু উরবদা। দ্বাদশ-বনবু উরবদা মমৈদা শ্রীবৃন্দাবনদা লাক্কুনা ॥১১॥ শ্রীমধ্যবৃন্দাবনদা শ্রীগোবিন্দগী মফমদা অথোয়বা দেবালোয়দা। অতুমবা মন্দিরদা শ্রীগো-পালগী অথোইবা সেবাবু তৌরম্মী ॥ ১২ ॥ কেশী তীর্থদা কালিহ্রদনচিংবদা স্নান তৌরুরগা। শ্রী-গোপাল দর্শন তৌররে, মফমতুদা পোত্থাহুনা লৈরে ॥১৩॥ গোপালগী চংথোনবনা অনিগী পুকনিংবু হুহুনা লোথরে। ষুংঙাইবা ফংহুনা মতুদা ষুমিৎ

নিনি মরিনি লৈবে ॥১৪॥ ব্রাহ্মণ অনিগী মরকতা অমনা অহল্লি। ১দি—ব্রাহ্মণ নহানা অহন অতুগী য়ামনা তেংবাংই ॥১৫॥ ব্রাহ্মণ নহানা অতংপা লৈ-তনা মাগী সেবা তৌই। মহাককী সেবাদা ব্রাহ্মণ-গী পুকনিংনা অপেনবা ওইখরে ॥ ১৬ ॥ ব্রাহ্মণ অহল্লা হায—নংনা ঐগী অয়াম্বা সেবাবু তৌহনা। ঐডোন্দা তেংবাংহনা তীর্থগী সেবাবু তৌহল্লে ॥১৭॥ অহমনা মচামকনা মপাগী সেবাবু তৌবরোই, নংগী থৌজানহৈবনা ঐনা অরাবা ১তা ফংদে ॥১৮॥ নংগী ঐনা ইকাই খুম্নহৌত্রবদি, তৌবীমল খংদবা ওইনি। মরম অতুনা নঙোন্দা ঐনা কন্যাদানবু পীবরনি ॥১৯॥ ব্রাহ্মণ নহানা হায়—তাবিয়ু ঠাকুর মহাশয়বু। কবিগীদমকতা অতুম্বা ওইথোক্কবা রাবু তাকপিবনো। ২০ ॥ য়ামনা ফবা শাগৈনি নংনা বিদ্যা লম্না চিংবদা চংখোল্লি। ঐনা শাগৈ ফত্তে বিদ্যা লম্নচিংবদা য়ামনা অরাংপনি ॥ ২১ ॥ নংগী কন্যাগী দানপাত্র ঐনা ওইজবোই। শ্রীকৃষ্ণনা পেন্নবগীদমক্তা নংগী ব্যবহার সেবাবু তৌজবনি ॥২২॥ ব্রাহ্মণগী সেবাদগী শ্রীকৃষ্ণগী যামনা পেল্লি। মাগী পেনবীবদা ভক্তিগী লম্না চাওখংলি ॥ ২৩ ॥ ব্রাহ্মণ অহল্লা হায়—নংতা চিংনগনু। নঙোন্দা কন্যা পীগনি ঐনা লেপলবনি ॥ ২৪ ॥ ব্রাহ্মণ নহানা হায়—নংগী মুপী, নচা ময়াম। অযাম্বা শাগৈ ভাই-শেন নংগী অয়াম্বা মকুপ মপাং ॥২৫॥ মখোয়-শিংগী য়ানবা নত্তনা কন্যাদান তৌবিনু। রুক্মিনীগী মপা ভীষ্মকা থাজবদা থংনবা লৈ ॥ ২৬ ॥ ভীষ্মকা শ্রীকৃষ্ণদা কন্যাদান তৌগে নিংজে অতুদা। মচা-শিংগী য়াদ্রিংদবদা কন্যা পীগজবদা ঙমথোকখিদে ॥২৭॥ ব্রাহ্মন্না হন্না হায়—ইচামুপীদো ঐগী ইবনি, ঐগী ইরনবু পীবদা মী কানানা থাম্বা ঙমগবা ॥২৮॥ য়ানিংদবশিংবু চৈহংলগা নঙোন্দা কন্যা পীগনি। চিংনবা তৌগনু নংনা হৌজিক যাববু তৌবো ॥২৯॥ ব্রাহ্মণ নহানা হায়— মতমসিদা কন্যাবু পীবদা পুক্নিংনা লেপলবদি। অতুগুম্বা অরেপ্পা য়াহৈদো শ্রীগোপালগী মাংদা হায়রু ॥৩০ শ্রীগোপালগী মমাংদা ব্রাহ্মণ অহল্লা হায়রকই। নংনা খংবিয়ু ঐগী ইচামুপীসি ঐনা মঙোন্দা পীরে ॥৩১॥ ব্রাহ্মণ নহানা হায়— ইবুংঙো নংনা ঐগী সাক্ষীনি। তোপনা উবা মতমদা সাক্ষী নংবু ঐনা কৌরগনি ॥ ৩২ ॥ অসি হায়রমলগা মখোয় অনিনা মরৈবাক্তা হল্লকলে। গুকনি খন্দুনা—ব্রাহ্মণ নহানা য়ামনা সেবাবু তৌই ॥৩৩॥ দেশদা লাক্লবদা মাগী মাগী যুমদা চত্তুনা য়েনরে। কন্না-নিমকমগী মুমিত্তা ব্রাহ্মণ অহল্লা থমোইদা খল্লকই ।৩৪॥ তীর্থদা ব্রাহ্মন্দা য়াথং পীবদো করমবা মতৌদা অচুম্বা ওইগবা? ঐগী মুপী, ইচা, শাগৈ মকুপশিংগী মফমদা লেপনা খংহল্লগে ॥৩৫॥ নোং-মগী মুমিত্তা মাগী মী মথৈ অমতা ওইনা পুন্-হল্লে। মখোয় পুন্নমককী মাংদা রারম পুন্নমকপু হায়রকলে ॥৩৬॥ তাবদা শাগৈশিংনা মতমত্তুদা মাংলে মাংলে হায়রকই। অতুম্বা য়াদো চিন্দা নংনা অমুক হন্না হায়গনু ॥৩৭॥ অতোনবদা কন্যা পীবদা শাগৈবু মাংগনি হায়রি। তারগা মী পুন্ন-মক্কা নোক্নবু তৌরগনি ॥৩৮॥ ব্রাহ্মণ অহল্লা হায় তীর্থদা হায়ববু করম্না হিক্তোক্কনি? অতুম, অসুম ওইত্তুনসু ঐনা কন্যাদানবু পীগনি॥ ৩৯ ॥ শাগৈগী মীশিংনা হায়—ঐখোয়না নংবু থাদোক-লবনি। মতু মচাশিংনা হায়রি—হু চাত্তুনা শি-রগনি ॥৪০॥ ব্রাহ্মন্না হায়—সাক্ষী কৌরুত্তুনা অচুম্ববু তৌখিগনি। ঙমত্তুনা কন্যাবু লৌখ্রবদা, অরেম্বদা ঐগী ধর্ম্মবু কাইগনি ॥ ৪১ ॥ মচানিপানা হায়—সাক্ষীদো অশাবনি, মত্তুসু অরাপপা দেশদা লৈবনি, কনানা নংগী সাক্ষী পীগবা করিগীদমক্তা খল্লিবা ॥৪২॥ হায়দে হায়বীরগনু মত্তুবু মীনম্বা য়াহৈনি।

পুন্নমক্তা হায়গদবদি খজিক্তস্ু ঐগী নিংশিংবা ওইদরে। ৪৩॥ ইপানা হায়বিয়ু মতমচুদা ঐনা খজিক্তস্ু খংদরে হায়বা। মতম অচুদা ঐনা ব্রাহ্মণদা অচুম্বা শাহুনা ভমগনি ॥৪৪॥ অসি তাব বদা ব্রাহ্মণ অহনগী পুকনিংদা ব্লারহুনা। অমতা ওইবা পুকচেন্না ব্রাহ্মণনা শ্রীগোপালগী চবনবু—নিংলি ॥৪৫॥ ঐগী ধর্ম্মবু ভাকপা ফংজগে, ঐগী মীশিংনা শিদবা। অনিসিবু ভাকপিয়ু হে গোপাল। ঐনা চংজরি ॥৪৬॥ মতৌ অস্ুমনা ব্রাহ্মণগী থমোইদা চেৎনা নিংখরে। মথংগী স্ুমিত্তা ব্রাহ্মণ নহাচুনা মাগী মযুমদা লাকলে ॥ ৪৭ ॥ লাক্লুনা—অথোইবা ভক্তিদা তানা খুকমজরি। মখুৎ অনি লোন্নচুনা নোল্লুক্লা হায়জে॥ ৪৮ ॥ ঠাকুরনা ঐভোন্দা কন্যাবু পীগদবদা য়াবিখিবদো। হৌজিকপু করিস্ু হায়বিদবা নংগী কবিবু থন্নবিবিবা ॥৪৯॥ অসিবু তারবদা ব্রাহ্মণ অহন্দুনা তুমিন্না ফমচুনা লৈখরে। মাগী মচানিপা অচুনা যৈগদবগী মথুত্তা চৈ পায়চুনা লাকলে ॥৫০॥ হে অতোনবা। ঐগী ইচনবু লুহোংবদা নিংলিবা। অনেম্বা ওইনা থাবু কাগদবদা অচুগুম্বা নিংবরা ॥৫১॥ চৈচুবু উবদা—ব্রাহ্মণ অসিনা চেন্দুনা চৎখরে। নহানা মথংগী স্ুমিৎতা খুনগী মীশিংদা পুনহল্লগা ব্লাকৎলে ॥৫২ বিচার তৌবা মীশিংনা ব্রাহ্মণ অহন্দো কৌশিললাকলে। মতম অচুদা ব্রাহ্মণ নহাসিনা ময়ামদা ব্লাকৎলক্লে ॥৫৩॥ মহাক্লা ঐভোন্দা কন্যাবু পীগদবদা য়াবিববু তৌথি। হৌজিক্তি কন্যাবু পীদ্রে, কবিনো বিচার তৌবিয়ু!। ৫৪ ॥ মতমচুদা অচুগুম্বা ব্রাহ্মণ অহন্দুদা বিচারপতিশিংনা হংইগ মতম অচুদা বাগদান পীরগা কন্যাবু করিগীদমক পীদ্রিবা? ৫৫ ॥ ব্রাহ্মণ অহল্লা হায়—ঐগী হায জবু মীয়ামনা তাবিয়ু। কবম্বা মতমদা কবিবু হায়খিবা, খজিক্তস্ু নিংশিংদরে ॥৫৬॥ অসিবু -

তাবদা মাগী মচানিপানা মীনম্বা ব্লাহৈবু ফংলবদা থৌনা ফনা সভাগী মমাংদা লেপতুনা ব্লাকৎলক্লে ॥৫৭॥ তীর্থ চংপগীদমক্তা ইপানা অয়াম্বা লনবু লোয়নজমথি। লনবু উবদা ফত্তবগী মবুকনা—লৌনিংচুনা ॥ ৫৮ ॥ অমদি ময়ামদনা অসিগুম্বা ঐ অমা চৎলে কনাস্ু লোযনমু হায়রমলগা। চৎমিন্নবা গানা ইপাদা অচিকপদা শঙ্গোইদাক পীজচুনা ভাগহল্লগা ॥ ৫৯ ॥ লন পুন্নমকপু লৌবগা চুবানবনা লৌথবে হাযদোকলে। কন্যাবু পীগদবদা ঐভোন্দা হাযজখি হায়বসি শেমগৎপনি ॥ ৬০ ॥ মীয়াম নথোযনা, চুমই চুমদে বিচাগ তৌবগা হাযযু। ঐগী ইপাগী কন্যাবু পীগদবদা মভোন্দা করি মতিক ওকপগে ॥৬১॥ অসি তাবদা মীশিংগী পুকনিংদা চিংনবা ওইথবে। লনবু পাম্বদ' মীশিংনা ধর্ম্মগী অকিববু থাদোকপা ওইফৈ ॥৬২॥ হাযববা মতমদা ব্রাহ্মণ নহানা হাযজৈ, মহাজনশিং তাবিয়ু। হাযবিবসি চুমদবনি। অচুম্ববু ভম্লনবগীদমক্তা হায়বনি ॥৬৩॥ ব্রাহ্মণসিনা ঐগী সেবাদগী পেল্লচুনা মতমচুদা। "নভোন্দা ঐনা কন্যাবু পীগনি" মহাকনা হায়বা।। ৬৪ ॥ মতমচুদা ঐনা থায়জৈ, তাবিয়ু অথোইবা ব্রাহ্মণ। নংগী কন্যাগী ববু ঐনা মতিক ওক্তে ॥ ৬৫ ॥ কদাইদা পণ্ডিত, ইনাকখুনবা, অফবা শাগৈ নংনি। কদাইদা লাইববা, অপংবা অতোনবা শাগৈ ফত্তবা ঐনি ॥৬৬॥ হায়রবমক্তদা ব্রাহ্মণসিনা ঐভোন্দা হন্না হন্না হায়রে। নভোন্দা কন্যাবু পীরবনি, নংদা য়াববু তৌরো ॥ ৬৭ ॥ হায়বা মতমদা ঐনা হায়জে—তাবিয়ু পুকফবা ব্রাহ্মণবু। নংগী স্ুপী, নচা শাগৈশিংগী য়াননবা নত্রবদা ॥৬৮॥ কন্যা পীবিবদা ভমলোই হায়বিবদো অরেম্বা তাগনি। অমুক হন্না চেকশিন্না ব্রাহ্মণনা হায়বি ॥৬৯॥ কন্যাবু নভোন্দা পীরে, অনি থোকনা খনগমু। ইচাস্ুপীবু পীবদা

কনানা থামগদবদা ভমগবা ? ।।৭০ হায়রবা মতমদা ঐনা হায়জৈ পুকনিংনা চেংনা লেপলবদি। শ্রী-গোপালগী মাংদা অরেপপা ব্রাহৈদো হায়যু ॥৭১ হায়রবদা ব্রাহ্মণসিনা গোপালগী মাংদা হাযবনি। নংনা থংউ, ব্রাহ্মণসিদা ঐনা কন্যাবু পীববনি ॥৭২॥ হায়রবা মতমদা ঐনা গোপালগী চবন্দা সাক্ষী তৌঙ্নি। মাগী চবন্দা নোঙ্গুরা তৌঙ্না হাযজৈ ॥৭৩॥ ব্রাহ্মণসিনা ঐডোন্দা কন্যাবু পীবিগ্রবা মতম অদুদা। সাক্ষী কৌরগনি নংনা মতোন— লোননা য়াবিয়্কো ॥৭৪। মীদগী অথোইবা শ্রীগো-পালনা অসুম হায়নবা সাক্ষী ঐগী লৈয়ে। মখোল অহুমনা য়ানবতা ভাংবা মাগী অবেপপা —— ব্রাহৈনি ।।৭৫ ।। হায়ববদা ব্রাহ্মণ অহন্না হায়— হায়বিবসি অচুম্বনি। মতম অদুদা গোপাল ইবুং-ডোনা লাক্কুনা সাক্ষী পীরবা ।।৭৬।। মতম অদুদা কন্যাবু পীগে এসি অরেপপনি থংবীয়ু। মাগী মচা মুপানা হাব, ইপানা হায়বিবসি ফবে য়াবে ॥৭৭ ব্রাহ্মণ অহনগী পুকনিংদা য়ামনা থৌজানহৈবা শ্রীকৃষ্ণনা। হায়খিবা ঐগী ব্রাহৈবু মানা লেপ্পমক কাইহনবীরোই ॥৭৮॥ মচাগী পুকনিংদা অশাবনা সাক্ষী পীবদা লাকলোই। অসুমনা মখোয অনি-মকনা ব্রাথন্দা য়ানবা ওইখবে ।। ৭৯ ।। ব্রাহ্মণ নহানা হায়— হায়বিবসি লাইরিক ইশিনবীয়ু। হায়রিবশিংসি অহুম্না অমুক হন্না হোংদননবা। ৮০ ।। মতমদুদা অয়াম্বা মীনা লাইরিক ১ মবোন্দু ইরগা। অনিগী য়ানবা পত্রবু বিচাবপতীনা লৌ-ফুনা থমথরে ।।৮১।। অতুগী মতুংদা ব্রাহ্মণ নহানা হায়— মী পুম্নমকনা তাবিয়ু। ব্রাহ্মণ অসিনা অচুম্বা ভাংবনি ধর্ম্মদা থরাই য়াওবনি ।। ৮২ ।। হায়খিববু থাদোক্কদবদা মহাক্কী পুকনিংনা করি-গুম্বদা নিংদে। মাগী মীশিংগী শিবা কিবনা মরৈ-মরাবু ভাংবনি ।।৮৩।। মহাককী পুণ্যনা শ্রীকৃষ্ণবু কৌরক্কুনা সাক্ষীবু হায়হনগে। মতমদুদা ব্রাহ্মণ-সিগী অচুম্বা ব্রাশকপু ভাকসনু ।। ৮৪ ।। অসি তাবদা মী পুম্নমকনা নোক্লবকলে। কনা অমনা হায়— ঈশ্বরনা থৌজানহৈবনিনা লেংবীরক্কনি ।।৮৫।। অতুগী মতুংদা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণ মচানা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাক্লবদা। শ্রীগোপালদা দণ্ডবৎ তৌ-বগা মবম পুম্নমকপু হায়জবৈ ।।৮৬।। হে ব্রহ্মণ্য-দেব। নংনা য়ামনা থৌজান হৈ। মুংশিবিহুনা ব্রাহ্মণ অনিগী ধর্ম্মবু ভাকপিয়ু ।।৮৭।। কন্যা পাম্বগী মুংডাইবা অসিনা ঐগী পুক্লিংদা লৈজদে। ব্রাহ্মণগী ব্রাশক কাইবগনি হায়বসিদা যাম্না ব্রাজৈ ॥ ৮৮ ॥ অসি থংনা থৌজান হৈবা ইবুংডোনা সাক্ষী পীবিয়ু, অথংবনা সাক্ষী পীদ্রবা মীদো মাগী পাপ ওই হায়রি ।। ৮৯ ।। শ্রীকৃষ্ণনা হায়— হে ব্রাহ্মণ। নং নবৈবাক্তা চৎলমলো। বিচাবগী সভাদা ঐবু নংনা নিংশিংহুনা কৌবকউ। ৯০ ।। ফাওরকলগা মহুদা ঐনা সাক্ষীবু পীগে। অশাবা মশকনিনা মহুদা ঐনা চৎপা ভমলোই ।৯১।। ব্রাহ্মন্না হায মতম হুদা পাম্বোম ৪ পান্‌বা মশক ওইগনি। ওইহুনা মকপু কনানা নংগী ব্রাহৈবু থাজনা লৌববোই ॥৯২ ইবুংডোগী অসিগুম্বা মশকসিনা চত্তুনা মতমহুদা শ্রীমুখনা। সাক্ষী পীরবা অতুগী মতুংদা মী পুম্ন-মকনা য়ানগনি ॥ ৯৩ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা হায়— অশাবা মশক কনানসু চৎলি তাদে। ব্রাহ্মন্না হায়রকই— অশাবা ওইবগা কবিগী ব্রা ভাংবা ? ৯৪ ॥ অশাবা নত্তে নংনা সংসংবা শ্রীব্রজনিংথৌগী মচানি। ব্রাহ্মণ-গীদমক্তা নংনা তৌরোইদবা থবকপু তৌবিয়ু ॥৯৫॥ নোক্কুনা গোপালনা হায়—তাও বামোন। নংগী তুং তুংদা ঐনা চৎপবু তৌগে ॥ ৯৬ ॥ ঐডোন্দা নংনা হন্না য়েংভক্কনুকো। ঐডোন্দা য়েংলকপা মফম অতুদা ঐনা লৈগনি ।।৯৭।। ঐগী মুপুরগী খেঙ্গ্রেনবু তাহনলকপদা। অতুগুম্বা মখোলদো ঐগী

লাক্লি হায়না থাজগদবনি ॥৯৮॥ চেং সেব অমা খোংতুনা ঐবু পীজো। মত চারগা নংগা শোয়নবা ঐ চংকে॥ ৯৯ ॥ হয়েংগুম্ব সুমিত্তা য়াথং নিতুনা বামোন্না চংলকলে। মাগী তুং তুংদা শ্রীগোপালনা ইন্দুনা চংলি ॥১০০॥ নৃপুবগী খোঞ্জেন তাবদা— পুক্রিংনা সুঙাইরে। খোংলবা নিংথিবা চাকপু চামিন্নবগা ॥১০১॥ মতৌ অসুমনা চংলকপদা বামোন্না মাগী দেশদা লাকলে। খুনগী মনাক্তা লাকলবদা পুকনিংদা খল্লকলে ॥১০২॥ হৌজিক খুন্দা লাক্লবনিনা ঐনা যুমদা চংলগনি। ময়ামদা চংতুনা সাক্ষীগী গোপাল লাকলে হায়কনি ॥ ১০৩॥ সংসংনা মশক উবদি ফংদবি—পুকনিংদা থাজদে। য়েংলুবা মতমতুদা মসিদা লৈথরগনি, মতমতুদা খজিক্তা কিদরে॥ ১০৪ ॥ উগে খন্দুনা বামোন অতুনা লৈথোকতুনা হন্না য়েংলকলে। খিৎতং চংলগা নোক্তুনা গোপালদেবনা মফমতুদা লৈথরে ॥১০৫॥ বামোন্দা হায়—নংনা চংলো নংগী নযুমদা। মফমসিদা লৈবনি ঐনা মতুংসিদা চংলবোই ॥১০৬ অতুগী মতুংদা বামোনসিনা খুনশিদা চংতুনা— তাকখবে। তাতুনা মী পুন্নমকা অডকপা ওইখবে।১০৭॥ মী পুন্নমক লাকলে সাক্ষী য়েংগদবগীদনক্তা। শ্রীগোপালবু য়েংজতুনা মী যামনা দণ্ডবৎ তৌজবি ॥১০৮॥ শ্রীগোপালগী নিংথিজববু উবদা মীশিংগী সুংঙাইজবে। অশাবনা চংতুনা লাকই তাবদা অডকপা ওইখবে ॥১০৯॥ মতুংতুদা বামোন অহন্না সুংঙাইবা ওইতুনা। গোপালগী মমাংদা দণ্ডবৎ তানা খুরুমজে ॥১১০॥ মী পুন্নমক্কা মাংদা গোপাল সাক্ষী পীবিরে। বামোন অহন্না বামোন মহাদা কন্যাদান তৌরে ॥ ১১১ ॥ অতুগী মতুংদা বামোন অনিসিদা গোপালনা হান্নরকই। নখোয় অনিসি মপোক মপোক খুদিংদা ঐগী ইনাইনি ॥১১২ নখোয় অনিগী অরেপ্পতনা পেল্লে অনিনা বর নিরো। বামোন অনিনা থরাই সুংঙাইনা বরবু নিজরক্লে॥১১৩॥ মতমসিদা বরবু পীগদবা লৈরবাদি মফমসিদা লৈবিরো। মনাইদা খোজানবিববু মতুংদা মী পুন্নমক্কা খংহন্দুনা ॥১১৪॥ শ্রীগোপালনা লৈবিরে, অনিনা সেবাবু তৌজরো। অতুগী মতুংদা দেশতুগী মী পুন্নমকনা লাক্তুনা য়েংজরে ॥১১৫॥ অডকপবু তারতুনা দেশতুগী নিংথৌনা লাক্তুনা। শ্রীগোপালবু য়েংজতুনা যামনা পেনববু ফংজরে ॥১১৬॥ নিংথৌনা মন্দিব শাতুনা সেবাবু চংচবকল্লে। "সাক্ষীগোপাল" কৌবা মিংসি অতুদগী ফাওখিবনি ॥১১৭॥ মতৌ অসুম্না সাক্ষীগোপালনা বিদ্যানগরদা। মনাইগী সেবাবু লৌতুনা কৃইনা লৈথরবদা ॥১১৮॥ উৎকলদেশগী শ্রীপুরুষোত্তম কৌবা নিংথৌনা। লান তৌতুনা বিদ্যানগব দেশসি জয় তৌখরে ॥ ১১৯ ।. লান ভমতুনা নিংথৌ অসিনা মাগী সিংহাসন ১ লৌই। "মনিক্য সিংহাসন" কৌবা অয়াম্বা মানা শাবনি ।. ১২০ ॥ অসিগুম্বা পুরুষোত্তমদেবনা অচৌবা অশেংবা ভক্তনি। গোপালগী চরন্দা ঐগী লৈবাক্তা চংলসি হায়জে ॥ ১২১ ॥ মাগী ভক্তিনা খুতুম চল্লবদা গোপালনা মঙোন্দা য়াথং পীরে। মানা গোপালবু পুতুনা কটক্তা লাক্লে ॥ ১২২ ॥ মনিক্য সিংহাসন্দো পুরক্তুনা শ্রীজগন্নাথদা কংখরে কটক্তা শ্রীগোপাল সেবাবু লিংখৎতুনা তৌজখি ॥১২৩॥ মহাক্কা মহারাণীনা লাক্তুনা গোপাল দর্শনদা। ভক্তিনা অয়াম্বা অলঙ্কারবু কংপদা ॥ ১২৫ ॥ মাগী নাতোন্দা মমল য়াম্বা নাসিকা অমা লৈজে। মতুবু কংকে নিংলবদা পুকনিংদো থনজে ॥ ১২৫ ॥ মতমসিদা ঠাকুরগী নাতোন্দা মফম লৈরমলবা। মন্নাই হুপী ঐনা মতমতুদা গোপালগী নাতোলদা মুক্তাগী নাসিকা খোক্লে

॥১২৬॥ অসি খন্দুনা খুকমলগা ময়ূমদা চৎখবে। অহিংগী মমৈদা গোপালনা মংদা মড়োন্দা হায়রবে ॥১২৭॥ অডাংগী মতমদা ইমানা ঐগী নাতোন্দা মুৎপিখি। য়ামনা যত্ন তৌনা মুক্তাগী নাসিকাবু থোলবিবম্মী ॥১২৮॥ অতুগী মফমদু হৌজিক ফাও-বা ঐগী নাতোন্দা লৈবি। মতুবু পাগ হায়না নিংলিবা নাসিকাদা শিংনবিবা॥ ১২৯॥ মংবু উবদা মহাবাণীতুনা নিংথৌদা হায়তুনা। নিংথৌগা লোয়নতুনা মন্দিরদা লাক্লুনা॥ ১৩০॥ নাতোন্দা ছিদ্র যংতুনা মুক্তাগী নাসিকাবু থোলখবে। য়াম্না নুংঙাইনা মহামহোৎসবপু তৌখবে॥ ১৩১॥ মতুদগী গোপালনা কটক্তা লৈবীখ্রিবনি। মরম অসিদগী সাক্ষীগোপাল মিংসিনা থাওখ্রিবনি॥১৩২॥ শ্রীনি-ত্যানন্দগোসাঁইগী চিন্দনী শ্রীগোপালগী লমচৎপু মনাইশিংগা লোয়ননা তাবদা প্রভুনা পেনখবে ॥১৩৩॥ শ্রীগোপালগী মাংদা চংশিন্দুনা লৈবা— মতমদা প্রভুগা। শ্রীগোপালগা অনিমক্তা মশক অমত্তা ওইনা ভক্তশিংনা অতুম্না উবে॥১৩৪॥ অনি মক্তা চংথোনবা হকচাংনি অনিমক্তা মচু অমতা ওইখবে। অনিগী পুকচেল অম্তপপনি অনিদা অডাংবা ফিবু থোনবদা॥১৩৫॥ মিংনা থম্বাল মানবা অনিদা অথোইবা মডালগী মশক ওইবি। মাই-থোংনা থা ওইবা অনিগী পুরিনা অপাম্বদা চংতুনা লুপখরে॥১৩৬॥ অনিবু উবদা শ্রীনিত্যানন্দনা য়াম্না হরাওবনা থৌগনখবে। লোয়ননবিবা ভক্তশিংনা মপান মতুম ওইতুনা পোকমিন্নখবে। (শ্রীগো-পাল, শ্রীচৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ হবাওবা অতুম পুন-বসিদা শ্রীগৌরাঙ্গগী পূর্ণবস তিনবঙ্গাগী ভমথৈ অপেনবা মশক্তি)॥১৩৭॥ মতৌ অম্তমনা অযাম্বদা হরাওনা অতুগুম্বা অহিংদো লেপ্লে। মঙ্গলাবাত্রি য়েংলগা লোংডানবদা লেংলক্লুনা॥১৩৮॥ অতুমনা ভুবনেশ্বরগী লম্বীদা চংলকপদো। শ্রীবৃন্দাবদাসনা শস্তোকনা লেংথরে॥১৩৯॥ কমলপুরদা লেংলক্লুনা সুবর্ণরেখা তুবেন্দা স্নান তৌরে। শ্রীনিত্যানন্দগী মথুক্তা প্রভুনা চৈগুবু পাইহল্লি॥১৪০॥ ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা কপোতেশ্বর মহাদেববু য়েংবা লাকলে। অসামদা নিত্যানন্দনা প্রভুগী চৈগুবু থেক্কংলে ॥১৪১॥ চৈগু মতেক অহুমবু সুবর্ণরেখা তু-রেন্দা তাওখহনখরে। ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা লাক-লগা প্রভুনা মহাদেববু য়েংলমলগা।১৪২। লাক-পদা জগন্নাথগী দেউল মন্দিরগী মতোন উবদা— আবেশ ওই। প্রেমদা ডাওতুনা দণ্ডবৎ তৌই জগোই শাবা হৌরকলে।১৪৩। ভক্তশিংনসু প্রেমদা চং-তুনা প্রভুবু থৌগন্দুনা রাজপথদা লেংই॥১৪৪॥ নোকই, কপই, জগোই শাই প্রভুনা হুং হায়না ডংই। ক্রোশ অহুমগী লম্বীদা যুথক লিশিং ওইনা লাপখবে॥১৪৫॥ চংলক চংলক্লুনা প্রভুনা আ-ঠাবলালা থোংদা লাকলে। মতুদা লাকপদা প্রভুনা খজিক্তুং মপানগী রাখল ফাওই॥১৪৬॥ শ্রীনিত্যানন্দদা প্রভুনা ঐগী চৈগুবু পীরো হায়-বকই। নিত্যানন্দনা খুম্মী মতেক অহুম থোক্লা চৈগু তেকখবে॥১৪৭॥ নংনা প্রেমদা চংতুনা— তুবকপা নডোন্দা ঐনা কেনবদা। চৈগুগী মথক্তা অতুমনা নংগা ঐগা পুন্না নন্দুনা তারে॥১৪৮॥ ঐথোয় অনিগী অরুম্বনা চৈগুতু মতেক মতেক তেকই। অহুগুম্বা মতেক অতু কদাইদা তাহৌ-বনো ঐনা খজিক্তুংবু থংদরে॥১৪৯॥ নংগী চৈগুবু তেকহলবা ঐগী অপরাধনি। ঐগী ইথক্তা মাগী মতিক চাবা দণ্ডিবু তৌরো পুগে॥১৫০॥ তাবদা প্রভুনা পুকনিংদা খজিকতং অম্লাবা ফোং-দোকই। খজিকতং শাওতুনা ময়ামদা খজিক্তুংবু হায়বকই॥১৫১॥ নীলাচলদা ময়াম্না ঐবু পুবি-বকপদা ফহলবিবে। পুমমকতা লৈজবা ইরন চৈগুনি মতুবু ডাকপীদরে॥১৫২॥ ঈশ্বরবু য়েংবদা

নখোয় পুম্নমক্না হান্না চৎলো। নত্রগা ঐনা হান্না চৎলগে লোয়নন্তুনা চৎলবোই॥১৫৩॥ মুকুন্দদত্তনা হায়— প্রভু। নংনা মাংদা লেংলো। ঐখোয় পুম্নমক্না তুংদা চৎচগে, লোয়ননা চৎলগনু॥ ১৫৪॥ অসি তাবদা প্রভুনা মাংদা যামনা য়াংনা লেংখ্র। গৌর-নিত্যাই প্রভু অনিগী মপুক কনানা খংবা ঙমদে। ১৫৫॥ মানা কবিগী চৈশুবু থুদেকপা মানা কবিগী চৈশুবু থুদেকহনবা। থেকতৎহল্লগা করিগী শাওবা মানা করিগী দোষ তৌবনো॥১৫৬॥ চৈশু থুদেকপগী মথক লীলাসি য়াম্না সুক্না থুপ্পী তিন্নবাঙ্গানি। মসি খংলবদি অনিগী চরন্দা মাগী ভক্তি অচৎপনি॥১৫৭॥ ব্রাহ্মণবু চান্বা গোপালগী মতিক অসিদি অতাংবা অফবনি। শ্রীনিত্যানন্দনা হাযবা মাগী রাবিবু শ্রীচৈতন্যনা তাবিবা॥১৫৮॥ ভক্তশিংনা থাজবনা তিন্দুনা মসিবু তাও। থিন্দনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণবু ফংগনি॥ ১৫৯॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজনা। শ্রীচৈতন্য-চরিতামৃতর কৃষ্ণদাসনা হাযজৈ॥১৬০॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা সাক্ষীগোপালগী মচং হাযবা মঙাশুবা পরিচ্ছেদনি।

# ষষ্ঠ পরিচ্ছেদ

**নৌমি তং গৌরচন্দ্রং যঃ কুতর্ক কর্কশাশয়ম্।**
**সার্ব্বভৌমং সর্ব্বভূমা ভক্তিভূমানমাচরৎ॥১॥**

**অন্বয়ঃ**।—সর্ব্বভূমা—পুম্নমকপু হেনবা, যঃ—মানা, কুতর্ক-কর্কশা-শয়ং— ফত্তবা চক্রিনা থমোই কল্লবা, সার্ব্বভৌমং—সর্ব্বভৌমভাট্টাচার্য্যব, ভক্তিভূমানং—অথোইবা রাগানুগাভক্তিবু, আচরৎ— চৎহনববু তৌবিখিবা, তং—অদুগুম্বা, শ্রীগৌরচন্দ্রং—শ্রীগৌরচন্দ্রবু, নৌমি—ঐনা খুরুমজে। ইতি॥১॥

**অনুবাদঃ**।— পুম্নমক্তগী হেনবা মানা, ফত্তবা চক্রিনা থমোই কল্লবা সার্ব্বভৌম-ভাট্টাচার্য্য মিং খোনবা বাসুদেব কৌবা, পণ্ডিতপু অথোইবা— রাগানুগা ভক্তিগী লম্বীদা চৎহলবিরবা অদুগুম্বা শ্রীচৈতন্যদেববু ঐনা খুরুমজরী। ইতি॥১॥ শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজৈ, গৌরভক্তশিংবু খুরুমজৈ॥১॥ প্রেমদা চংতুনা প্রভুনা জগন্নাথগী মন্দিরদা লাকলবদা। শ্রীজগন্নাথবু উবদা প্রেমদ তপ্পবা ওইখরে॥২॥ শ্রীজগন্নাথবু কোনগে হায় তুনা চেনশিল্লকলে। প্রেমদা চংতুনা মন্দিরদা ঢান্থ তুনা লৈবাক্তা তাথরে॥ ৩॥ নোংদল্লা মতুদা——

সার্ব্বভৌমনা প্রভুবু উজরবে। পাণ্ডানা ফুগদবদা মানা থাম্ববু তৌথি।৪॥ প্রভুগী চংথোনবা অমদি প্রেমগী শকফমবু। উবদা সার্ব্বভৌমগী ডমথৈ নাই-দনা ডকখরে ॥ ৫ ॥ মতম কুইনা জ্ঞান তাদরে, লুক্ কংপগী মতম ওইবক্লে। মতম অদুদা সার্ব্ব ভৌমনা পুকনিংদা উপায় অমা খন্দুনা।৬॥ শিষ্য পড়িছাশিংনা খোং ওইনা প্রভুবু পুহল্লকতুনা। য়ুমদা পুবকতুনা অশেংবা মফমদা তুমহন্দুনা থম্মী ॥৭॥ নুংশাম্বর হোন্দরে, পুক্তা মিহুল হুন্দবে। উবদুনা ভাট্টাচার্য্যাগী পুকনিংনা ৱাখল তৌবি ॥৮॥ পুবক্তুনা, কুপলবা তেবা মফোম্না নাতোন স্থমাংদা থম্বদা। তেবাদো থজিক্তুং লেংবা উবদা ৱাখল তপথবে ॥৯॥ ফমদুনা ভাট্টাচার্য্য পুকনিংদা ৱাখল তৌবকই। মসিদি শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোরা স্থংশিবগী শকফমনি ॥১০॥ মসিদি সাত্ত্বিকা মখল নিপান্না পুনবা সূদ্দীপ্তনি, অদুগুম্বা প্রলয় কৌবদুনি। মত্তদি নিত্যসিদ্ধ ভক্তশিংদা সূদ্দীপ্ত ভাবনা ওইগ-দবনি॥ ১১। শ্রীকৃষ্ণ মাগী অধিকঢ মহাভাবনা ওইবদো, মাগী শকফমসিনা ওইবে কবিনো মীগী হকচাংদা অধিরুঢ মহাভাবপু উরিবসি, য়াম্না ডকখরে ॥১২॥ অসি খন্দুনা ভট্টাচার্য্যনা ফমদুনা লৈখরে। শ্রীনিত্যানন্দনাচিংবনা লাক্তুনা সিংহ-দ্বারদা থুংলরে॥১৩॥ মদুদা মীয়ামনা মহৈ মহৈ হায়নবা ৱাবু তারকলে। সন্ন্যাসী অমথক লাকতুনা জগন্নাথবু উবদা ॥ ১৪ ॥ ৱাম্থরে মশাদা জ্ঞান তাখিদরে। অদুম্না সার্ব্বভৌমনা মাবু মযুমদা পুবিখরে ॥১৫॥ তাবদা পুম্নমকনা মসিদি মহাপ্রভু-গী থবকনি খংলে। মতম অদুদা মফমদুদা শ্রী গোপীনাথচার্য্য লাকলে ॥ ১৬ ॥ নবদ্বীপতা লৈরম্বনি বিশারদগী মমাকনি গোপীনাথসি। মহাপ্রভুগী মনাইনি মানা প্রভুগী অরেপ্পা মশকপু খংই ॥ ১৭ ॥ মুকুন্দগা লোয়নদুনা মমাংলৈদগী খংদুনা লৈবনিনা মুকুন্দবু উবতনা মাগী য়ামনা অডকপা ওইখরে ॥১৮॥ উবদা মুকুন্দস্থ মঙোন্দা খুরুম্মী। মানা কোম্নগা প্রভুগী ৱারমবু হংলকই ॥ ১৯ ॥ মুকুন্দনা হায়, প্রভুগী মসিদা লৈগনি লাক্লবনি। মহাপ্রভুগী থৌগনবু ঐখোয় পুম্নমক লাকলিবসিনি ॥ ২০ ॥ শ্রীনিত্যানন্দগোসাঞিদা গোপীনাথনা খুরুমলে। ময়ামগা পুল্লবদা অমুক হন্না প্রভুগী পাওবু হংই ॥২১॥ মুকুন্দনা হায়—মহাপ্রভুদি সন্ন্যাস তৌরে। থৌগল্লিবা ঐখোয় পুম্নমক পুদুনা নীলাচলদা—লাকপদা ॥২২॥ ঐখোয় পুম্নমকপু থাদোক্লগা হাম্না দর্শন লেংখরে। মাগী মতুংদা ঐখোয় পুম্নমকনা তুংইম্না থিবকপদা ॥ ২৩ ॥ অতোপ অতোপ্পা মী-শিংগী মচিন্দা অদুগুম্বা ৱাদা তাবে। ঐখোয়গী ৱাখলদা সার্ব্বভৌমগী মযুমদা প্রভু লৈবতাই ॥২৪॥ জগন্নাথবু য়েংবদা প্রভুনা প্রেমদা জ্ঞান মাংখ্রবদা। সার্ব্বভৌমনা মযুমদা প্রভুবু পুদুনা চংখ্র ডাংলৈ ॥২৫॥ মতমদুদা নংগী উম্নবদা ঐ-খোয়গী পুকনিংনা পামলম্মী। নোংদমদগী মতম-সিদা নংগী মশক উববু ফংলে ॥২৬॥ সার্ব্বভৌমগী মযুমদা ঐখোয়বু পুরো চংলো চংসি। প্রভুবু উরবগী মতুংদা জগন্নাথবু দর্শন তৌজগে ॥২৭॥ অসি তাবদা গোপীনাথনা ময়াম্বু পুদুনা। সার্ব্বভৌমগী মযুমদা চংলকপদা হরাওরে ॥২৮॥ চংলকপনা সার্ব্ব ভৌমগী মফমদা প্রভুদা য়েংজরৈ। প্রভুবু উবদা আচার্য্যগী অৱা-মুংশি ওইখরে ॥২৯॥ গোপীনাথনা মথুংদা পুশিল্লগা ময়াম্বু সার্ব্বভৌমদা থংহল্লকলে। শ্রীনিত্যানন্দদা মানা ( সার্ব্বভৌমনা ) খুরুমলক্লে ॥৩০॥ ময়ামগা লোয়নদুনা মতিকচানা থংনদুনা তিন্নবে। প্রভুবু উবদা পুম্নমকী পুকনিংনা অৱাবা হরাওবা ওইখক্লে। ॥৩১॥ জগন্নাথ উনবগীদমক্তা সার্ব্বভৌমনা পুম্নমকপু থারকই। মচা মুপা চন্দনেশ্বরবু পুম্নমক্কী থৌগন্দা পীরকলে ॥ ৩২ ॥

জগন্নাথবু উজবদা পুম্নমককী মুংঙাইজখরে। কৃষ্ণ নিংবদা চংথুনা শ্রীনিত্যাইনা ময়াই কাখরে ॥ ৩৩॥ পুম্নমক তিন্নথুনা মতু দা মান ওপথহল্লে। জগন্নাথগী মনাইনা প্রসাদী, লৈ-স্ম পুবকথুনা পীরবে ॥৩৪ মন্নামনা প্রসাদীবু ফংলথুনা পুকনিংদা নুংঙাইরে। মহাপ্রভুগী মফমদা পুম্নমকনা অমক হন্না লাকথুনা ॥৩৫॥ ভক্ত পুমনমক্না খোঞ্জেল রাংনা সঙ্কীর্ত্তন তৌরে। নামবু তাবদা নুমিদাংবাইবমদা প্রভুগী জ্ঞান লাকই ॥ ৩৬ ॥ হুঙ্কার তৌথুনা হৌগৎলবদা প্রভুনা হরি হরি শোল্লি। নুংঙাইথুনা সার্ব্বভৌমনা চৈতন্যগী পাদগী উপুল লৌই ॥৩৭॥ সার্ব্বভৌমনা হায়— স্নান থুনা তৌবিকাবা। ঐনা ঙসিদি মহাপ্রসাদ চারা ভিক্ষাবু পীগে ॥৩৮ মহাপ্রভুনা সমুদ্রদা স্নান তৌরবগা থুনা লেংলকলে। চরণবু শেংদোক্লগা প্রভুনা আসনদা ফমলবদা ॥৩৯॥ সার্ব্বভৌমনা অযাম্বা প্রসাদীবু পৌহল্লুথুনা। মহাপ্রভুনা অথুগী মতুংদা মুংঙাহনা প্রসাদীবু ফংলক্লে ॥ ৪০ ॥ অথোইবা হনশাং, স্নাগী পুথম মথকতা হাপ্পুনা পুবকলে। ভক্তশিংনা থৌগন্দুনা প্রভুনা প্রসাদবু ফংলকলে ॥৪১ ॥ সার্ব্বভৌমনা শ্রীচৈতন্যপ্রভুদা হাপপা হৌরকই। প্রভুনা হায়, ঐঙোন্দা মখেল লাকরাবু হাপপিয়ু ॥ ৪২ ॥ অথুম অহাওনা মখোয় পুম্নমক্তা নংনা হাপউ। মতমথুদা সার্ব্বভৌমনা মখুৎ অনি লোন্নথুনা হায় ॥৪৩॥ শ্রীজগন্নাথনা করমনা হাথিবগে খংনা। ঙসি অন্নাম্বা প্রসাদীবু ফংবিয়ু ॥ ৪৪ ॥ অসি হায়থুনা অথুম-অহাওবু লোইনা চাহল্লি। প্রসাদ ফংলথুনা— আচমনবু তৌথ্রবদা ॥৪৫॥ প্রভুদগী য়াথং নিথুনা গোপীনাথগা লোয়নন্না চংথুনা। সার্ব্বভৌমনা প্রসাদীবু ফংলুরগা প্রভুগী নাক্তা লাকলে ॥৪৬॥ নারায়ণগীদমক্তা পুকমজরি হায়না খুরুম্লে। শ্রীকৃষ্ণদা পুকনিংনা নিংসম্থ হায়না গোসাঞিনা হায় ॥৪৭

তাবদা সার্ব্বভৌমনা পুকনিংদা য়াথল তৌই। বৈষ্ণব সন্ন্যাসনি মসি য়াহৈদা খংলে ॥৪৮॥ গোপীনাথআচার্য্যদা সার্ব্বভৌমনা হায়। গোসাঞিগী হন্না কদাইদা লৈরম্বা খংনিংইদা ॥৪৯॥ গোপীনাথ আচার্য্যনা হায়—নবদ্বীপ্তা যুম লৈ। জগন্নাথনা মিংনি, মিশ্র পুরন্দরনা উপাধিনি ॥৫০॥ মাগী মচানি ঈবুংঙোসি মমিং শ্রীবিশ্বম্ভর কৌই। নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীগী মচানুপীনা পোকপা মশুনি ॥৫১॥ সার্ব্বভৌমনা হায়— নীলাম্বরচক্রবর্ত্তীদি। ইপা বিশারদগা ওঝাদা তম্মীন্নবনি মাগী অস্নুম্না ফাওরি ॥৫২ মিশ্রপুরন্দরদি ইপাগী ইকাই খুম্নবনি অস্নুম্না খংই। ইপাগী মবিদা মিশ্র শচী অনিমক্তা — ইরাংফমনি নিংলি ॥৫৩॥ নদীয়াগী মবীদা সার্ব্বভৌমনা পেনখবে। সার্ব্বভৌমনা পেন্দুনা চৈতন্য গোসাঞিদা হায়রকই ॥৫৪॥ মহৌশানা থৌগনফমনি নংনা অমদি সন্ন্যাসশ ওইবে। মবম অথুনা ঐনা ননাইনি নংনা খংবিয়ু ॥৫৫॥ তাবদা মহাপ্রভুনা শ্রীবিষ্ণুবু নিংশিংই। ভাট্টাচার্য্যদা খজিক্তং নোল্লুকপা য়াহৈনা হায় ॥৫৬॥ নংনা মী পুম্নমক্কী ফহল্লিবনি জগৎকী গুরুনি। বেদান্তবু তম্বিথুনা সন্ন্যাসশিংগী য়াযেনবিরিবনি ॥৫৭॥ সন্ন্যাসী অঙাংনি ঐনা অফ-ফত্তবা খংদে। নংগী নফমদা — চংজবি, নংবু গুরুনি নিংজরি ॥৫৮॥ ঐগা, নংগা তিন্নবগীদমক্তা মফমসিদা লাকচবনি। ঐগী মরম পুম্নমকতা ঙাকপিগদবনি ॥৫৯॥ ঙসিস্থ অতুমনা ওইবা ঐগী য়ামনা অন্নাবা তাবা। অথুদগী নংদা ঐবু ঙাকপিরক্নবনি ॥ ৬০ ॥ ভাট্টাচার্য্যনা হায়— দর্শনদা নতোমতা চংকনু। ঐগা লোয়নথুনা চংপা নত্রগা, ঐগী মীগা লোয়নথুনা চংলু ॥৬১॥ প্রভুনা হায়, মন্দিরগী মনুংদা চংজররোই। গরুড়স্তম্ভগী মনাক্তা লৈরগা দর্শন তৌজগে ॥ ৬২ ॥ সার্ব্বভৌমনা গোপীনাথআচার্য্যা হায়রকই। নংনা—

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ১৪ অং ২৮ শ্লোকঃ।

**তথাপি তে দেব পদাম্বুজদ্বয়-প্রসাদলেশানুগৃহীত এব হি।**
**জানাতি তত্ত্বং ভগবন্মহিম্নো ন চান্য একোঽপি চিরং বিচিন্বন্ ॥২॥**

**অন্বয়ঃ**।—দেব—হে দেব, তথাপি— অদুম ওইদুনসু, তে— নংগী, পদাম্বুজদ্বয়প্রসাদলেশানুগৃহীত—চরণ থম্বাল অনিগী থৌজাল মচেৎ অমতং ফংজবা মীতনা, এবহি— লেপনা, ভগবন— হে ভগবন, মহিম্নঃ—নংগী নতিক্কী, তত্ত্বং—অরেপপা মশকপু, জানাতি—খংই, হি—লেপনা অন্য—অতোপপা, একঃ অপি—কনামতনসু, চিরং—কুইনা, বিচিন্বন—থিদুনা, ন চ—খংবা ঙমদে। ইতি ॥ ২ ॥

গোসাঞিবু পুদুনা দর্শনবু তৌহল্লু ॥ ৬৩ ॥ ঐগী ইশানমচাগী যুমসি অচিকপা লৈফমনি। মদুদা লৈফম পীযু পুন্নমক মতোন লোননা তৌবা ॥৬৪। গোপীনাথনা প্রভুবু পুদুনা মদুদা লৈফম পীবে। ঈশিং হাপনবা পাত্রনচিংবা মথানলোমনা তৌব ॥৬৫॥ নাংডাল্লবদা গোপীনাথনা প্রভুগী মফমদা চত্তুনা। প্রভুবু পুদুনা মঙ্গলাবাত্রিদা দর্শনবু তৌ-কবগা ॥৬৬॥ গোপীনাথনা মুকুন্দদত্ত পুদুনা সার্ব্ব-ভৌমগী মফমদা লাকলবদা সার্ব্বভৌমনা হাইনা গোপীনাথদা থৰজিক্কবু হাযবকই ॥৬৭॥ ——নোল্লুকপা মরমচং উবদা যাম্না ফজখ্রেদা। মহাক্কী মথকতা ঐগী হুংশিবনা যামনা থোইদোকনা ওইবে ॥৬৮॥ কবম্বা সম্প্রদায়দা সন্ন্যাসগী মন্ত্র লৌবকপা। মহাক্কী মমিংনা কবি কৌবা? তানিংই ॥৬৯॥ গোপীনাথনা হায়—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌই। যামনা ফববা কেশব ভারতীনা মহাক্কী গুরুনি ॥ ৭০ । সার্ব্বভৌমনা হায মিং অসিদি পুন্নমক্কগী অথোইবনি। অদুগা ভারতী সম্প্রদাযনা মদো যাইমবক-পনি ॥৭১॥ গোপীনাথনা হায়— মহাকৃকী য়াথন্দা মপানগী য়েংদে। মরমদুদগী গৌরনা অথোইবা সম্প্রদায়বু হন্দোকপনি ॥ ৭২॥ ভাট্টাচার্য্যনা হায়—মহাক্কী মথোং কারকপগী মপুং ওইরি। করম্বা সন্ন্যাস ধর্ম্মবু ঙাকনা চৎকবা ॥৭৩॥ অতৎপা লৈংঙনা মঙোন্দা বেদান্তবু তাহলগে। বৈরাজ্ঞ অদ্বৈত মার্গদা চংববু তৌহলগে ॥৭৪॥ মঙোন্দা হায়রগা—মতমদুদা অমুক হন্না যোগপট্ট পীবিগে। শেংতোক-পিরবদা অথোইবা সম্প্রদায়দা পুশিনবিগে ॥৭৫। তাবদা গোপীনাথ, মুকুন্দ অনিদদি অন্নাবা ওইরে। গোপীনাথ আচার্য্যনা থৰজিক্কবু হায়রকই ॥ ৭৬ ॥ ভট্টাচার্য্য নংনা মহাক্কী মতিকপু খংদবে। স্বয়ং ভগবানগী খুদমগী মঙোনসিদা ঙমথৈনি ॥ ৭৭ ॥ মদুদা কাওবিবনি মানা অথোইবা ঈশ্বরনি। অদুবু অখংবতনা থই খংদবগী মফমদা কবিসু ওইদে ॥৭৮॥ শিষ্যশিংনা হায় করম্বা খংবদা ঈশ্বরনি হায়-বিবনো। আচার্য্যনা হায়— ঈশ্বরগী খংনবদা থংবা মতৌনি ॥৭৯॥ শিষ্যশিংনা হায— ঈশ্বরগী অরেপপা মশকপু চাংদমদা শেমকৎলু। আচার্য্যনা হায়—চাংদমদা ঈশ্বরবু খংগদবদা ওইরোই ॥৮০॥ চাংদমনা তাকপদা ঈশ্বর অরেপপা মশকপু খংলোই থৌজাল নত্তনা ঈশ্বরগী অরেপপা মশকপু খংদে ॥৮১॥ মঙোন্দা ঈশ্বরগী থৌজালগী মরিকনা ওই-ববা। মহাক্কনা ঈশ্বরগী অরেপ্পা মশকপু খংই ॥৮২॥

**অনুবাদঃ**।— ব্রহ্মানা, হে শাস্ত্রহৈবা! অদুম ওইদুনসু নংগী চরণ থম্বাল অনিগী থৌজান মচেৎ অমতং ফংজবা মীতনা লেপ্না, হে ভগবান! নংগী নতিক্কী অরেপপা মশকপু খংই। লেপনা অতোপ্পা কনা অমতনসু কুইনা থিদুনা খংবা ঙমদে। ইতি ॥ ২ ॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮ম অধ্যায় ৯ম শ্লোকে নন্দং প্রতি গর্গবাক্যম্।

আসন্ বর্ণাস্ত্রয়ো হ্যস্য গৃহ্নতোঽনুযুগং তনুঃ। শুক্লোরক্ত স্তথাপীত ইদানীং কৃষ্ণতাং গতঃ।৩।।

তথাহি—তত্রৈব ১১শ স্কঃ, ৫ম অধ্যায়ে জনকং প্রতি করভাজনবাক্যম্।

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্। যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ।৪।।

তথাহি——মহাভারতে দানধর্ম্মে নবতিতমশ্লোকঃ।

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী। সন্ন্যাসকৃচ্ছমঃ শান্তো নিষ্ঠাশান্তিপরায়ণঃ ॥৫।

তৌইগুম্বস্ং নংনা জগৎকী গুরুনি লাইবিক হৈববা. নংগা মান্নবা পণ্ডিত পৃথিবীদা লৈতে ॥ ৮৩ ॥ নভোন্দা ঈশ্বরগী থৌজালগী মবিকনা ওইদবে। মরম অদুনা ঈশ্বরগী অরেপপা শকপু থংগদ বদা ভমদবে। ৮৪ ॥ নংগী অকাইবা নত্তে লাই-রিক্তা মসিবু হায়রি।— লাইবিক হৈবগী পাইবক পাইথুতনা ঈশ্বরগী অরেপপা মশকপু করিদ্বদা থদে।৮৫॥ সার্ব্বভৌমনা হায় আচার্য্য। তপ-স্বরগা হায়যু। নভোন্দা মহাককী থৌজানলৈবগী মসি থংনবদা করি লৈবা ॥৮৬॥ আচার্য্যনা হায়, মশকনা ওইরিবত্তুদা মশকপু থংনবিবা অদুনা। মশকুকী অরেপপা থংইবদো থৌজালগী মর্শাক্রি থংনরি ॥৮৭॥ মহাককী হকচাংদা ঈশ্বরগী অযাম্বা খুদমনা ওইবি। প্রভুনা মধিরুঢমহাভাবতা চংলি-ভৈদা নংনা উবা ফংথ্রবনি ॥৮৮॥ অদুম্মমকপু ঈশ্বরনি থংবনা নংশী ওইদবে। ঈশ্বরগী মায়াগী মচৎ ব্যব-হারসি মসিনি ॥ ৮৯ ॥ উববদা উদ্রবা মহাক্তে:— মপাম্ভোক্সা পংলবা মীনি। তাবদা নোক্তুনা সার্ব্ব-ভৌমনা হ্রাইনা হায়কই ॥ ৯০ ॥ চাম্ন-চিন্নবগী থল্লরকপদা শাওবা তৌগনু। লাইরিক্তা উবতুতা হাংগে থজিক্তংবু অকাইবনি লৌগনু ॥ ৯১ ॥ শ্রীচৈতন্যগোসাঞিবু য়ামনা তৌবা ভস্বনা তিনবা শ্রীকৃষ্ণকনি হায়রে। অসিগুম্বা কলিকান্দা বিষ্ণুগী অবতার লৈতে ॥ ৯২ ॥ মরম অদুনা শ্রীবিষ্ণুগী মমিংবু "ত্রিযুক" হায়না মিং কৌরিবনি। কলি যুক্তা অবতার লৈতে লাইরিক্তা থংনরি ॥ ৯৩ ॥ তাবদুনা অ চায়না পুকনিংদা হ্রারদুনা সার্ব্বভৌমদা হায়বকই। লাইবিক হৈবদুনা নংনা ঐ হায়না নাপন তৌদুনা ॥ ৯৪ ॥ ভাগবত ভারত অনিনা লাইবিককী অথোইবনি। অসিগুম্বা লাইবিক অসিগী হ্রাহৈদা থংবদা মতোন লোমদ্রববা ॥৯৫॥ লাইবিক অসিনা সংসংনা কলিদা অবতার লৈ হার্যবি। নংনা কলিদা বিষ্ণুগী ফোংতোকনা— অবতার তৌদে হায়বিবা ॥৯৬॥ মতুদি কলিযুক্ত শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অবতারবু তৌদে। মরম অদুনা মাগী মমিং ত্রিযুগ হায়না কৌবনি॥ ৯৭ ॥ যুগ খুদি দা শ্রীকৃষ্ণনা যুগকী অবতারদি তৌই। নংগী ফত্তবা থনবা থমোইনা অরেপপা থনবা ভমদবে ॥ ৯৮ ॥

৩ শ্লোক্কী আঃ ৩, ১০ শুবদা য়েংউ।
৪ শ্লোক্কা আঃ ৩ ৬ শুবদা য়েংউ।
৫ শ্লোক্কী আঃ ৩, ৮ শুবদা য়েংউ।

নংগী মাংদা অস্মুক ওইবা হ্রাহৈগী কান্নবা ওই রোই। লৈকংলাদা মরুবু থাবদা হৌদবগুম্বা।৯৯। নংগী নথক্তা মাগী থৌজানবীবা মতমদ নংমক্তা অসিগুম্বা অয়াম্বা সিদ্ধান্তশিংসি মতমদু ভাংলককনি ॥ ১০০ ॥ নংগী অদুগুম্বা শিল্পশিং ফত্তবা থনবা অয়াম্বা হ্রাহৈবু হায়রি। অসি-মম্নাগী থৌজানথ্রবনি মতুগী করিস্সু অকাইব নত্তে ॥ ১০১ ॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৬।৪।২৬

যচ্ছক্তয়ো বদতাং বাদিনাং বৈ বিবাদসংবাদভুবো ভবন্তি।
কুর্ব্বন্তি চৈষাং মুহুরাত্মমোহং তস্মৈ নমোঽনন্তগুণায় ভূম্নে ॥৬॥

তথাহি—তত্রৈব ১১।২২।৪

যুক্তঞ্চ সন্তি সর্ব্বত্র ভাষন্তে ব্রাহ্মণা যথা। মায়াং মদীয়ামুদ্গৃহ্য বদতাং কিং নু দুর্ঘটম্ ॥৭॥

---

**অন্বয়ঃ**—যৎশক্তয়ঃ—মহাককী শক্তিশিংন, বদতাং— ভাংনরিবা, বাদিনাং— য়েৎন-লৌনবশিংগী, বিবাদসংবাদভুবঃ—হংনা-খুম্নফমদো, বৈ—লেপনা, ভবন্তি—ওই, এষাং—মখোয়গী, আত্মমোহংচ—পুকনিং শুক্নাংপবুস্ন, মুহুঃ—হন্না হন্না, কুর্ব্বন্তি—তৌই, তস্মৈ—অদুগুম্বা, আনন্তগুণায়—মপান্নাইদবা গুন্না ওইবা, ভূম্নেঃ—মতিক চাওববা কৃষ্ণগী দমক্তা, নমঃ—খুরুমজরি। ইতি ॥৬॥

**অন্বয়ঃ**।—যথা—মদুমনা, ব্রাহ্মণাঃ—ব্রাহ্মণশিংনা, ভাষন্তে— হায়, তথা—মদুমনা, যুক্তঞ্চ— মতিক চানস্ন, সর্ব্বত্র—পুম্নমক্তা, সন্তি—লৈরি, মদীয়াম্ মায়াম্—ঐগী মায়াবু, উদ্গৃহ্য—লৌদুনা, বদতাম্—ভাংনরিবশিংগী, নদুর্ঘটম্—ভমনগদবদা, কিম্ কবি লৈবগে। ইতি ॥৭॥

---

**অনুবাদঃ**।— দক্ষ প্রজাপতিনা— মহাককী শক্তিশিংনা ভাংনরিবা য়েৎন লৌনবশিংগী হংন-খুম্নফমনা লেপনা ওই। মখোয়গী পুক্নিংবু শুক্নাং-পবুস্ন হন্না হন্না তৌই। অদুগুম্বা মপান্নাইদবা গুন্না ওইবা মতিক চাওরবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা খুরুম-জরি। ইতি ॥৬॥

**অনুবাদঃ**।— উদ্ধবতা শ্রীকৃষ্ণনা— মাদুমনা ব্রাহ্মণশিংনা হায়রি, মদুমনা মতিক চানস্ন পুম্ন-মক্তা লৈরি, ঐগী মায়াবু লৌদুনা ভাংনরিবশিংগী ভমনগদবা লৈত্রা করিস্ন লৈতে। ইতি ॥৭॥

অদুগী মতুংদা সার্ব্বভৌমনা হায় চৈতন্যগোসা-ঞিগী মকমদা চৎলো। ঐগী ইমিংদা ময়ামগা লোয়-ননা নিমন্ত্রণবু তৌরম্মু ॥১০২॥ প্রসাদীবু লৌক-দুনা মভোন্দা হান্না চাহল্লগা। লাক্কুনা মতুংগুদা ঐভোন্দা তম্বিহল্লে ॥১০৩॥ গোপীনাথ আচার্য্যনা মচনগী মপুরোইবনি, সার্ব্বভৌমগী মশেন্নি। অকান্নবা, খাগংপা, নোক্কবা, তাকপবু আচার্য্যনা তৌরম্মী ॥১০৪॥ আচার্য্যগী চুম্নখোকতুনা লেপ্লা রাইহেদো মুকুন্দগী অপেনবা ওই। ভট্টাচার্য্যগী রাইহেদুনা পুকনিংদা অন্নাবা অশাওবা ওই ॥১০৫॥ লাক্কুনা চৈতন্যগোসাঞিগী মকমদা আচার্য্যনা সার্ব্বভৌমগী মমিংদা মভোন্দা নিমন্ত্রণবু তৌই ॥১০৬ মুকুন্দগা লোয়ননা ভট্টাচার্য্যগী রাদা হঙ্গৎলি। ভট্টাচার্য্যগী ইবুংঙোবু অকায়বা ভাংবদা পুক্নিংদা অন্নাবা ফংলে ॥ ১০৭ ॥ তাবদা মহাপ্রভুনা হায়, অদুমনা হায়গম্নু। ঐগী ইফমদা সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যগী খৌজানবিবা ওইরিনি ॥ ১০৮ ॥ ঐগী সন্ন্যাসগী ধর্ম্মবু ভাকপিগে নিংবনি। মুংশিবতনা খৌজানবিরগা, মদুদা করি অকায়বনো ॥ ১০৯ ॥ অদুগী নোংভানবদা মহাপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যগা লোয়-নদুনা। শ্রীজগন্নাথ উবদা প্রভুনা মুংভাইরবদা ॥ ১১০ ॥ ভট্টাচার্য্যগা লোয়নদুনা মাগী মন্দিরদা লেংলকলে। প্রভুদা আসনবু পীদুনা ফমহল্লগা মহাকস্ন ফমদুনা ॥ ১১১ ॥ ভট্টাচার্য্যনা অদুগী মতুংদা বেদান্ত খিগদবগীদমক্তা খৌরাংলকলে। মুংশিমা অমস্ন ভক্তিনা প্রভুদা খজিক্কং হায়রকই

তথাহি—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয় নাটকে ৬ অং ২১ শ্লোকঃ।

যা যা শ্রুতির্জল্পতি নির্ব্বিশেষং সা সাভিধত্তে সবিশেষমেব।
বিচারযোগে সতি হন্ত তাসাং প্রায়ো বলীয়ঃ সবিশেষমেব ॥৮॥

অন্বয়ঃ।—যা যা—অদু অদুগুম্বী, শ্রুতিঃ—বেদশিংনা, নির্ব্বশেষং—মশা লৈতববু, জল্পতি—হায়রি সা সা—অসি অসিগুম্বা, দেবশিংনা, সবিশেষং—হকচাং পানববু, এব—লেপনা, অভিধত্তে—হায়রি, তাসাং—দেবশিংনা, বিচারযোগেসতি— অরেপপা খল্লবদা, হন্ত— ওন্থোকপনি অঙকপনি, প্রায়ঃ—থোইদোকনা, সবিশেষম্—মশা লৈবনা লেপনা, বলীয়ঃ—পাঙ্গন্দুনা লৈরি। ইতি ॥৮॥

॥১:২॥ বেদান্ত তাও মসি সন্ন্যাসগী তৌগদবা ধম্মনি। অতংপা লৈতনা নংনা বেদান্তবু তাববু তৌ ॥ ১১৩॥ প্রভুনা হায ঐঙান্দা নংনা থৌজানবিবো ॥১১৪॥ স্নুমিৎ তবেৎনি চুপনা অদুম্না সার্ব্বভৌমনা হায়বা বেদান্তবু তারে। অফ-ফত্তবা হাযদে, তাবদ্ ফমদুনা লৈ। ॥১১৫॥ নিপান্নি-শুবা স্নুমিত্তা প্রভুদা সার্ব্বভৌমনা হায। স্নুমিৎ তবেৎনিবু নংনা বেদান্তবু তাববু তৌবি ॥ ১১৬ ॥ অঙ্ক ফত্তবু হাযদে, ব্লা ঙাংদনা তুমিম্না ফম্মি। থংভিদ্রা থংভিরোইদ্র, মসিদা থংবদা ঙমদ্রে ॥১১৭॥ প্রভুনা হায়—অপংবনি ঐনা লাইরিকপু তমজদে। নংগী য়াথংদগী তাজবতা ঐনা তৌজবনি ॥ ১১৮ ॥ সন্ন্যাসগী তৌনবগীদমক্তা তাববু তৌজবনি। নংনা অদুগুম্বা তৌবিবা অর্থদো থংগদবদা ঙমদে ॥১১৯॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়— অদুগুম্বা মহাককী লৌশিংনা থংদবা। মাবু থংননবগী মবমদা মতুবু অমুক হন্না হঙ্গদবনি ॥ ১২০ ॥ নংনা তার তারগা তুমিননা ব্লা ঙাংদনা ফমদুনা লৈবিদো। নংগী থমোইদা করি লৈবা থংগদবদা ঙমদরে ॥১২১॥ প্রভুনা হায়—সূত্রগী অর্থবু য়ামনা শেংনা থংই। নংগী অর্থ হায়বা তাবদা পুক্লিংনা অব্লাবা ওইথরে ॥ ১২২ ॥ সূত্রগী অর্থবু ফোংদোকপা ভাষ্যবু হায়বদা। নংনা সূত্রগী অর্থবু কুপশিনবা ভাষ্যবু হায়রে ॥১২৩॥ সূত্রগী মক্ল ওইবা অর্থবু নংনা হাযববু তৌদরে। মক্ল ওইব অর্থবু কুপশিনবা শেমকৎপা অর্থদা য়'মনা হায়রে ॥১২৪॥ উপনিষদকী ব্রাহৈশিংগী অদুগুম্বা অর্থদো মক্ল ওইবনি। অদুগুম্বা মক্ল ওইবা অর্থদো ব্যাসনা অয়াম্বা সূত্রদা হাযরিবনি ॥ ১২৫ ॥ মক্ল ওইবা অর্থবু থাদোকতুনা অব্লাৎপা অর্থবু শেমগত্তুনা হায়বে। অতাবী অথবু থাদোকতুনা হন্থবা—অর্থবু তৌবে ॥১২৬॥ অবেপ্পশিংগী মরক্তা শ্রুতিনা অথোইবা অবেপ্পনি। অদুগুম্বা শ্রুতিনা মক্লওইবা অর্থবু হায়বা মতুনা অবেপ্পনি ॥ ১২৭ ॥ জীবগী মথিদগী মরুদগী ষস্থিনে মোইবুংনে অনিসি। শ্রুতিগী ব্রাহৈতনা অনি অসিনা য়ামনা থোইনা অশেংবা ওই ॥ ১২৮ ॥ অচুম্বা লেপপা বেদনা অদুগুম্বা—অরেপপতা ওইববু হায়বি। চৎনবী অর্থবু তৌরবদা অচুম্বগী অরেপ্পদো মাংবা ওইরে ॥ ১২৯ ॥ ব্যাসগী সূত্রগী অর্থনা স্নুমিৎকী মঙাল্লি। শঙ্করাচার্য্যনা শেম্বা ভাষ্যনা নোং ওইদুনা কুপশিনথবে ॥১৩০॥ বেদ-পুরান্দা ব্রহ্মবু মশক লেপনা তাক্লি। অদুম্বা ব্রহ্মদো অচোবা মশক ঈশ্বরনি থংহল্লি ॥১৩১ তৌবা ঙম্বা পুম্নমকনা থোইনা থল্লবা মতোমতনা ঙমথোকপনি। মশক লৈবা মঙোন্দা, মশক লৈতনা হায়দোকপবু তৌরি ॥১৩২॥ মঙোন্দা অদুগুম্বা শ্রুতিশিংনা "নির্ব্বিশেষনি" হায়রি। নির্ব্বিশেষদি অচম্বা ককথৎপা চমদবা ওইববু লেপথংপন্নি

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ১৪ অং ৩২ শ্লোকঃ।

**অহো ভাগ্যমহো ভাগ্যং নন্দগোপব্রজৌকসাম্। যন্মিত্রং পরমানন্দং পূর্ণঃ ব্রহ্ম সনাতনম্ ॥৯॥**

তথাহি—বিষ্ণুপুরাণে ৬ অং ৭অধ্যায় ৬১ শ্লোক।

**বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথা পরা। অবিদ্যাকর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥১০॥**

**যা যা ক্ষেত্রজ্ঞশক্তিঃ সা বেষ্টিতা নৃপ সর্ব্বগা। সংসারতাপানখিলানবাপ্নোত্যত্র সন্ততান্ ॥ক॥**

**তয়া তিরোহিতত্বাচ্চ শক্তিঃ ক্ষেত্রজ্ঞসংজ্ঞিতা। সর্ব্বভূতেষু ভূপাল তারতম্যেন বর্ত্ততে ॥খ॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—নন্দগোপ ব্রজৌকসাম্—শ্রীনন্দগোপ ব্রজবাসীশিংনা, অহোভ্যাগ্যং—ওস্থোক্র লাইবক ফৈ, অহোভাগ্যং—ওস্থোকা লাইবক ফৈ, যৎ—মথোযগী, মিত্রং—মরূপনা, পরমানন্দং—অথোইবা মুং-ঙাইবনা, পূর্ণ—থল্লবা, সনাতনং—অমাংবা লৈতবা শ্রীকৃষ্ণনি, ব্রহ্ম—ব্রহ্মনি। ইতি ॥৯॥

**অন্বয়ঃ**।—নৃপ—হে নিংথৌ। যা যা—অতু অতুগুম্বী, সর্ব্বগা—পুমনমক্তা লৈবী, ক্ষেত্রজ্ঞশক্তিঃ—ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবী শক্তি, সা—মাবু, বেষ্টিতা—মায়ানা কুপশিল্লি, অত্র—দেবীধামসিদা, সন্ততান্—কর্ম্মগী মহৈ চাবদগী থোকপা, অখিলান্—অয়াম্বা, সংসার তাপান্—তাহবংগী মৈচাকশিংবু, অবাপ্নোতি—ফংই ইতি ॥ক॥

**অন্বয়**।—ভূপাল—হে নিংথৌ, তয়া—মাযানা, তিরোহিতত্বাৎচ—মাংথিবদগী, ক্ষেত্রজ্ঞসজ্ঞিতা…ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবী, শক্তি না—জীব শক্তিনা, সর্ব্বভূতেষু—থব্বাই পানবা পুম্নমক্কা, তারতম্যেন—অৱাৎ-অহেন নাইনা, বর্ত্ততে—লৈ। ইতি ॥ খ ॥

---

॥ ১৩২ ॥ (অতুনা নিবাকাব হাযবদি পুম্নমক্কগী থোইদোকপা মশক লৈবব হায়বনি) মতুদি

**অনুবাদঃ**—ব্রহ্মবু অতু অতুগুম্বী শ্রুতি বেদ-শিংনা মশা লৈতববু হায়রি। অসি অসিগুবী বেদশিংনা হকচাং পানববু লেপনা হায়বি। শ্রুতি বেদশিংনা অরেপ্পা থল্লবদা ওস্থোকপা অঙকপনি, থোইদোক্লা ব্রহ্মবু মশা মওং মশক লৈ হায়বনা লেপ্পা পাঙ্গন্দুনা লৈরী ইতি ॥ ৮ ॥ ব্রহ্মদগী জগৎসংসার পোকই ব্রহ্মনা হিংবনি। অসিগুম্বা ব্রহ্মদা অমুকহন্না লৌশিন্দুনা তিল্লি ॥ ১৩৪ ॥ মাঙোন্দগী মাতনা মাঙোন্দা অহুমসিনা মরমনি ভগবানগী মশক লৈবগী অহুম অসিনা খুদমনি ॥ ১৩৫ ॥ মতমতুদা ভগবানদগী ময়াম ওইহনগে নিংলকপা মতমসিদা মায়া কৌবী মঙোন্দগী পুথোকপী শক্তিদা য়েংবী ॥ ১৩৬ ॥ মতম অতুদা অচম্বা মিৎনা পুক্লিংনা পোক্তে। মরম অতুদগী ব্রহ্মগী মিৎনা পুক্লিংনা চম্দবা ওইরে ॥ ১৩৭॥ ব্রহ্ম হায়বা ব্রাহৈসে পুর্ণস্বয়ং ভগবানবু হায়বি, স্বয়ং ভগবান্না শ্রীকৃষ্ণবু হায়রি মসি শ্রীভাগবতকী অবেপ্পনি ॥ ১৩৮ ॥ খোং খুৎ পান্দে হায়বদি বেদনা অচম্বা খোং, খুং পান্দে হায়বনি। অমুক হন্না খোং খুৎনা চংলি পুম্নমক্পু লৌই হায়বি অতুবু চমদবনি ॥ ১৩৯ ॥

**অনুবাদঃ**।—পরিক্ষিৎনা শ্রীনন্দনচিংবা গোপা ব্রজবাসিশিংগী ওস্থোক্লা লাইবক ফৈ ওস্থোক্লা লাইবক ফৈ। মথোয়গী মরূপ শ্রীকৃষ্ণনা থোই-দোকপনি, মুংঙাইবনা থল্লবা অমাংঅতা লৈতবা ব্রহ্মনি। ইতি ॥ ৯ ॥

মরম অতুনা শ্রুতিবেদনা ব্রহ্মগী মশক মওং মশা লৈ হায়রি। মরুবু থাদোক্তুনা চংলবীদা

তথাহি—ভগবৎসন্দর্ভধৃত শ্রীবিষ্ণুপুরাণীয় ১ অংশ ১২ অং ৬৯ শ্লোক।

**হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিৎ ত্বয্যেকা সর্ব্বসংস্থিতৌ। হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥১১॥**

শ্রীমদ্ভগবদ্গীতায়াং ৭ অং ৫ম শ্লোকে অর্জ্জুনং প্রতি কৃষ্ণবাক্যম্

**অপরেয়মিতস্ত্বন্যাং প্রকৃতিং বিদ্ধি মে পরাম্। জীবভূতাং মহাবাহো যয়েদং ধার্য্যতে জগৎ ॥১২॥**

ব্রহ্মগী মশা চৈতন্য নিংলে ॥ ১৪০॥ শ্রীকৃষ্ণ পরংব্রহ্মগী ঐশ্বর্য্য তকক্পী মধুর্য্যগী মুংঙাইবনা শল্লবা মশকনি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ংভগবানবু নংনা মশা চৈতবা ওইনা হাযরে ॥ ১৪১ ॥ অদু-গুম্বা শ্রীকৃষ্ণ পরংব্রহ্মদা মহৌসানা শক্তি অহুম্না ওইরি। মতোন্দা শক্তিবু চৈতবা ওইনা চৈপ্পবু তৌরি ॥ ১৪২ ॥ ওইবিবা শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরগী মশাদি অরেপপা, অথংবা, মুংঙাবগী মশক্কি। চিৎ শক্তিদা অহুমহুদগী থাইবা মশক অহুমনি ॥১৪৩॥

**১০, শ্লোক্কী অঃ ৭।৭ গুবা শ্লোক্তা য়েংউ।**

**অনুবাদঃ**।—হে নিংথৌ! অদু অদুগুম্বী পুম্ন-মক্তা চৈবী ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবী শক্তি, মাবু মায়ানা কুপশিল্লি তাইবংপানসিদা কর্ম্মগী মহৈ চাবদগী থোকপা অয়াম্বা তাইবংগী মৈচাক খিবিকপু ফংই ইতি ॥ক॥

**অনুবাদঃ**—হে নিংথৌ। মায়ানা মাংখিবদগী ক্ষেত্রজ্ঞ কৌবী জীব শক্তিন', থরাই পানবা পুম্ন-মক্তা অরাং অহেন নাইনা চৈ। ইতি ॥থ॥

**১১, শ্লোক্কী ১।৪।৯০ গুবা শ্লোক্তা য়েংউ।**

মুংঙাইবদগী থাইবা মশকনা হলাদিনী, অরেপপদগী থাইবনা সন্ধিনীনি অথংবদগী থাইবনা সংবিৎনি, মদোন্দা অথংবনা নিংডি ॥ ১৪৪ ॥———

মমুং চনবী চিৎ শক্তিনি, মরক মশা ওইবী জীব শক্তিনি। মপান্দা চৈবী মায়া শক্তিনি অহুমনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিবু তৌই ॥১৪৫॥———

শ্রীকৃষ্ণগী চিৎ শক্তিনা ওইনা ঙমথোকপা মথন ক্তরুকসিনি। অসিগুম্বা শক্তিশিংবু য়াদরে থোইদোরা অকিবা চৈতরে ॥ ১৪৬ ॥ শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরদা মাগী মপুনি জীবদা মায়াগী মথাপোনবনি অসুম্না তোপনবনি। অদুগুম্বা জীবগা ঈশ্বরগা লোয়নবদা তোপ্তনা অমতা ওইনা নিংলে ।।১৪৭ গীতাদা শ্রীভাগবত্তা জীবগী মশকপু শক্তিনি নিং গনি হাযবি। অদুগুম্বা জীবগা ঈশ্বরগা লোযনন তোঙান্দনা তৌবে ।।১৪৮।।

**১২ শ্লোক্কী আঃ ৭, ৬ গুবদা য়েংউ।**

শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরগী মশাদি অথংব', অরেপ্পা, মুংঙাইব অহুমসিগী মশক্কি। শ্রীকৃষ্ণগী মশাদা মায়াগী পঞ্চ ভুটকী হকচাংনি হাযরে ॥ ১৪৯ ॥ মানা শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু যাদবা মহাক্তুনা পাষণ্ডীনি। উন্নহৈদবা শোক্রহৈদবনি মদো যমগী চৈথা ফংগনি ॥ ১৫০ বেদবু য়াদবনা বোধ ওইবনি নাস্তিক্রি অমাংবনি বেদদাপোক্তুনা চৈবগা বেদ য়াদবা ব্রা ঙাংবে বোধদগী তোল্লে ॥১৫১॥ জীবশিংগী লাম্নবগীদমক ব্যাসনা বেদান্ত সুত্রবু তৌরম্মহুদা। চুমদনা হায়ব তাবদা পুম্নমকপু মাংলিবনি ।। ১৫২ ।।——-

ঈশ্বরদগী জগৎপু পোকই হায়বা ব্যাসগী সুত্র অরেপপা রাহৈনি। থনবদা ফংবা ঙমদবা শক্তি তনা ঈশ্বরনা জগৎকী মশকপু ওইথোকই ।।১৫ স্পর্শমনিনা য়াগী মপৈবু পোকহল্লবদা মশাগী ম তাদে অদুগুম্না ঈশ্বরনা জগৎকী মশকপু ওইথোব অহুমক্তদা মশা ময়েং তাথদে ।। ১৫৪ ।। ব্যা ঙক্রববনি হায়রগা অদুগুম্বা সুত্রদা অকাইবা শিন্দুনা। শেমকৎতুনা ওম্-চৈননা হায়ববু সুক্র চার্য্যনা লিংথতুনা চৈরবদ্দি ।। ১৫৫ ।। জীবগী

তথাহি—পদ্মপুরাণে ৬২ অধ্যায়ে একত্রিংশ শ্লোকে শিবং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

স্বাগমৈঃ কল্পিতৈস্ত্বঞ্চ জনান্ মদ্বিমুখান্ কুরু। মাঞ্চ গোপয় যেন স্যাৎ সৃষ্টিরেষোত্তরোত্তরা ।১৩।

তত্রৈব—২৫ অং ৭ম শ্লোকে দেবীং প্রতি শ্রীশিববাক্যং।

মায়াবাদমসচ্ছাস্ত্রং প্রচ্ছন্নং বৌদ্ধমুচ্যতে। ময়ৈব বিহিতং দেবি কলৌ ব্রাহ্মণমূর্ত্তিনা ।।১৪।।

অন্বয়ঃ।—ত্বংচ—মহাদেব নংনসু. কল্পিতৈঃ—শেমজিনবা, স্বাগমৈঃ—নংগী আগমনা মবম ওই-হুনা, জনান্—মীওইবশিংবু, মদ্বিমুখান—ঐডোন্দগী মমাই ওন্থোক্লববু, কুরু—তৌ, মাঞ্চ—ঐবুসু, গোপয়—লোংলু, যেন—মতুংনা, এষা—অসিগুম্বা, সৃষ্টিঃ—জগৎ সৃষ্টিনা, উত্তরোত্তরা—মথং মথং চাওখৎপনা, স্যাৎ—ওইগদবা ওই। ইতি ।। ১৩ ।।

অন্বয়ঃ।—দেবি—হে দেবী, কলৌ—কলিদা, ব্রাহ্মণ মূর্ত্তিনা—ব্রাহ্মণগী মশক ওইহুনা, ময়া—ঐনা এব—লেপনা, মাযাবাদং—চুমদবা হায়বা, প্রচ্ছন্নং—শ্রীকৃষ্ণবু কুপশিনবা, অসচ্ছাস্ত্রং—চুমদবা, লেপ্তবা লাইবিকপু, বিহিতং—তৌবহুবু, বৌদ্ধং—বৌদ্ধগী লাইবিকনি হায়না, উচ্যতে—হায়রি ইতি ।।১৪

হকচাংদা ঈশ্বরনি নিংবা মীসি মিনম্বনি। জগৎতি মিনম্বা নত্তে, শোয়দমককী অবোইব নাইবনি ।।১৫৭ অচুগুম্বা প্রণবনা শ্রীকৃষ্ণবু খংহনবা ৱাহৈনি ঈশ্বরগী মশকনি। প্রণবদগী অযাম্বা বেদবু, জগৎপু পোকই ।।১৫৮।। তত্ত্ব মসি শ্রীকৃষ্ণ ঈশ্বরদো জীব নংনি, হায়-বসি জীবগীদমক্তা বেদগী মচেৎ ওইবা ৱাহৈনি। প্রনববু য়াত্রহুনা জীবদা ঈশ্বর তাকপা ৱাহৈনি হায়রি ।।১৫৯।। মতৌ অসুমনা সঙ্করাচার্য্যনা শেম-গৎপা ৱাহৈদা অকাযবা চামা পীরবদা। ভট্টা-চার্য্যনা ভমথৈ নাইদনা নিঙাই তৌহুনা য়েংলি ।।১৬০।। কক্‌থৎপা, নমহৎপা, কায়হনবা অসিনচিংবা য়েংথৎলকপা য়ামথরে। পুম্নমকপু ককথৎলগা প্রভুনা মাগী অচুম্বা মশক্তো লিংখত্তুনা লেপলে ।। ১৬১ ।। "সবন্ধনা শ্রীকৃষ্ণনি, অবিধেয়না হরিনাম দীক্ষামন্ত্র-কাম-গায়ত্রীনি প্রয়োজনা পেনবীনবা কৃষ্ণ খুংগিবা প্রেমবুনি" বেদদা অরেপপা মশক অহুম্সিবু হায়রি ।।১৬২।। অতোপপা অদু অচুগুম্বা খজিকংবু হায়রিবদো পুম্নমক্তা অরেম্বনি, শেম-গৎপনি। সঙ্করাচার্য্যনা শ্রীকৃষ্ণগী অরেপপা—ওইব বেদগী ৱাহৈদা চৎনবী শেমগৎপনি ।। ১৬৩ ।। ঈশ্বরগী য়াথংনা তৌবনি সঙ্করাচার্য্যগী অকায়বা লৈতে। মরমহুনা শেমগত্তুনা কৃষ্ণবু য়াদবা লাই রিক লেংবনি ।।১৬৪।।

**অনুবাদঃ**— শ্রীকৃষ্ণনা— হে শিব! নংনসু শেমজিনবা নংগী লাইরিক আগমনা মবম ওইহুনা মীওইবশিংবু ঐডোন্দগী মমাই ওন্থোক্লববু তৌ। ঐবুসু লোংলু মতুংনা অসিগুম্বা জগৎসিনা মথং মথং চাওখৎপা ওইগদবা ওই। ইতি ।।১৩।।

**অনুবাদঃ**।— মহাদেবনা, হে দেবী কলিদা ব্রাহ্মণগী মশক ওইহুনা ঐনা লেপনা চুমদবা হায়বা শ্রীকৃষ্ণবু কুপশিনবা চুমদবা লেপ্তবা লাইরিকপু তৌবদো মহুবু বৌদ্ধগী লাইরিক্লি হায়রি। ইতি ।।১৪ তাবদা ভট্টাচার্য্যনা য়ামনা অঙকপা ওইথরে। চিন্দা ৱা ডাংবা খোকথিদরে ফকচিন্দুনা লৈখ্রে ।।১৬৫।। প্রভুনা হায়, ভট্টাচার্য্য! ভকপা ভৌগনু। শ্রীকৃষ্ণদা পেনবীহনবনা খোইদোকপা জীবশিংগী কাম্বনি ।। ১৬৬ ।। আত্মারামনা লোম্নবশিংনা — শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবা নিংই অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১ স্কঃ ৭ অধ্যায়ে ১০ শ্লোকে শৌনকাদিন প্রতিসূতবাক্যম্।

**আত্মারামাশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে। কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ ॥১৫॥**

**অন্বয়ঃ।** -নির্গ্রন্থাঃ—মাযাগী কিশি থোক্লবা, অপি—ওইহুনস্থ, আত্মাবামাঃ—আত্মারামশিংনা, চ—হন্না, মুনয়ঃ-মুনিশিংনা, উরুক্রম—শ্রীকৃষ্ণদা, অহৈতুকীং—মহৈ নিদবা, ভক্তিং— ভক্তিবু, কুর্ব্বন্তি—তৌরি। ইত্থম্ভূতগুণ—অসিগুম্বা পুম্নমক্তগী পুক্লিংবু চিংশিনবা গুণনা ওইবা, হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণনি। ইতি॥১৫॥

খনবদা ফভমদবা গুন্না ওইবে॥ ১৬৭॥

**অনুবাদ**।—মায়াগী কিশি থোকলবা ওই-হুনস্থ আত্মাবামশিংনা অমস্তুং মুনিশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা মহৈ নিদবা ভক্তিবু তৌবি। অসিগুম্বা পুম্নমক্তগী পুকনিং চিংশিনবা গুন্না ওইবা শ্রীকৃষ্ণনি। ইতি ॥ ১৫ ॥

তাবদা ভট্টাচার্য্যনা হায়, তাবিযু মহাশয়। অসি-গুম্বা শ্লোককী অর্থবু তাবদা পামজবা ওই ॥১৬৮॥ প্রভুনা হায়— করিনোদা? নংনা অর্থবু তৌথো, হান্না মহু তাসি। মতুংদা ঐনা অর্থবু তৌগে অহুমনা খজিক্তং খংবদো ॥.৬৯॥ তাবদা ভট্টা-চায্যনা শ্লোককী অর্থবু হাযরকলে। মথল মথা য়াম্বা য়ায়েন, তর্ক শাস্ত্রগী মতৌবু লিংখৎলিবা ॥১৭০॥ তর্ক শাস্ত্রগী মতৌবু লৌহুনা শ্লোককী—অর্থবু মথল মাপন হায়বে। তাবদা মহাপ্রভুনা খিত্তং নোক্লগা হায়বকই ॥ ১৭১ ॥ হে ভট্টাচার্য্য! নংনা সংসংবা শগোনশেন গুকনি খংলে। লাই-বিককী অর্থবু তৌবদা অহুমনা কনাগীস্থ ভমদে ॥১৭২॥ তৌইগুম্বস্তুং নংনা অর্থবু তৌরিবদো—পণ্ডিতকী পাইবক পাইখুনি· মহুদগী হেনবা শ্লোককী অমদি অচেৎপা অর্থবু লৈবি ॥ ১৭৩॥ ভট্টাচার্য্যগী হায়জবদগী প্রভুনা অর্থবু হায়রকই। মাগী অর্থ মাপনগী মনুংদা অমা ফাওবা শোক্তে ॥১৭৪॥ শ্লোক্তা আত্মারামচিংবা পদ্য তরামাথোই থোকনা খায়দোকলে। তোপনা তোপনা তৌহুনা পদশিংগী অর্থবু লেপলে ॥১৭৫॥ অহুগুম্বা পদ-শিংগী মরুওইবা অর্থনা আত্মাবামদা লোইনা তিন-হুনা। প্রভুনা চেৎলবা অর্থবু লৌহুনা অর্থ তবা-নিপান তৌই ॥১৭৬॥ শ্রীকৃষ্ণনা মাগী শক্তিনা মাগী গুণশিংনা ওইবা, অহুমসিগী থোইদোকপা মতিক্তো খনবদা খংভমদবনি হাযবা ভমংলোই ॥ ১৭৭ ॥ অতোপপা অয়াম্বদা নিংলিববু ফংন-ববু কুপশিন্দুনা। অসিগুম্বা অহুমনা সিদ্ধ ওইবা সাধকশিংগী পুক্লিংবু হুই ॥ ১৭৮ ॥ মহুদি সনক্-নচিংবা শুকদেবনা খংনবা ওইবি। মতৌ অস্থম্না অযাম্বা অর্থবু শন্তোকনা হায়বকলে ॥ ১৭৯ ॥ তাবদা ভট্টাচার্য্যনা পুকৃনিংদা ভকপা ওইখরে। প্রভুবু শ্রীকৃষ্ণমকনি খংলবদা মতোমতবু চৈহৎচরে ॥১৮০॥ মহাকসিমক্তবু সংসংবা শ্রীকৃষ্ণনি মভোন্দা খংদ্রহুনা। অথোইবা ওইহুনা থোইদোকনা অপ-রাধবু তৌকবে॥ ১৮১। মশা মভোন্দা দোষ তৌবগা সাব্বভৌমনা প্রভুগী চরন্দা চংজরে। মতম অহুদা প্রভুগী পুকনিংনা থৌজানবিনগীদ-মক্তা খন্দুনা ॥১৮২॥ অহানবদা মভোন্দা পাম্বোম মরি পানবা শ্রীনারায়ণগী মশকপু উহল্লি। অহুগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণমককী মশক বাশী থোংববু উহল্লি। ॥১৮৩॥ উবদা সাব্বভৌমনা দণ্ডবৎ তৌনা শ্রীচরন্দা তারে। অমুক হৌগৎতুনা খুৎ অনি লোন্নহুনা হায়জরবদা ॥১৮৪॥ প্রভুগী থৌজান্দগী মভোন্দা অবেপপা মশক পুম্নমকপু ফাওবিরবদা প্রভুগী নাম প্রেমবু পীনহৈবনচিংবা মতিকপু শিং-খাবা ॥১৮৫॥ শ্লোক চামবু পুং অমা কান্নিভৈজা

তথাহি—পদ্মপুরাণম্

**শুষ্কং পর্য্যুষিতং বাপি নীতং বা দূরদেশতঃ প্রাপ্তমাত্রেণ ভোক্তব্যং নাত্র কালবিচারণা ॥১৬॥**

**অন্বয়ঃ।**—শুষ্কং—কংলবস্থ, বা—অমদি, পর্য্যুষিতং—পুমলবা, অপি—অমসুং, বা—অমদি, দূরদেশতঃ—অরাপপা দেশদগী, নীতং—পুবরক্লবস্থ, প্রসাদান্নং—প্রসাদী চিঞ্জাকপু, প্রাপ্তমাত্রেণ—ফংবত্থমক্তদা, ভোক্তব্যং—চাজগনি, অত্র—মতুদা, কালবিচারণা—মতমগী রাথলবু, ন—তৌরোই।

শেমতুনা স্তুতি তৌরে। অতুম্বা শ্লোকপু শাগাল-শেন্না তৌবদা ভমলোইযে ॥১৮৬॥ তাবতুনা নুং-ঙাইবদা প্রভুনা মখোন্দা কোনবিরে। ভট্টা-চার্য্যনা প্রেমদা চংলবদা জ্ঞান তাদবা ওইরে ॥১৮৭॥ পি তাই, সুখীগুম্বী, সুই, নিকহ ভমাং শোই, হিক তিক লাওই। জাগাহ শাই ঐশে শকই, কপই প্রভুগী চবন্দা কোন্দুনা তারে ॥১৮৮॥ উবদা গোপীনাথনা পুক্লিংনা হনাওখরে। ভট্টা-চার্য্যগী জাগাইবু উবদা প্রভুগী শিংনা নোকই ॥১৮৯॥ গোপীনাথনা মহাপ্রভুগী মফমদা হায়রকই।

প্রভুনা অসিগুম্বা ভট্টাচার্য্যগী মচংসি ওইহল্লে ॥১৯০। প্রভুনা হায—নংনা ভক্তনি নংগা তিন্নব-দগী। শ্রীজগৎনাথনা মখোন্দা থোজানবিতুনা অফবা মতৌ ওইহল্লি ॥১৯১॥ অতগী মতুংদা ভট্টাচার্য্যবু প্রভুনা তপথহল্লে। তপথবতুনা ভট্টাচার্য্যনা প্রভুদা য়ামনা হায়জবক্লে ॥১৯২॥ নংনা জগৎ লানবিবা মতুদি য়ামদবা থবকনি। নংনা ঐবু লান্‌বিবদা অসুমনা ভম্বসি অওকপনি ॥ ১৯৩ ॥ ঐনা তর্কগী লাইরিক্তা ফকচিল্লবনি য়োৎ মতুম্না তৌবগুম্বা। ঐবু পেৎহলবদা নংনা থৌনাফবা পাঙ্গল ওইরে ॥১৯৪। থাগৎপা তাবদা মহাপ্রভুনা মাগী নৈ-ফমদা লেংলকলে। ভট্টাচার্য্যনা গোপীনাথগী থোং ওইনা প্রভুদা প্রসাদী ফংহল্লে ॥১৯৫॥ মতুং সুমিত্তা প্রভুনা জগন্নাথগী দর্শনদা লেংলক্তুনা। শয্যাদগী জগন্নাথনা লেংথৎপদা প্রভুনা য়েংলিদৈদা ॥১৯৬॥

পুজারীনা পুবক্তুনা নৈ পরেং প্রসাদী চাকপু প্রভুদা পীররে। প্রসাদীবু নৈ পবেংবু ফংবদগী প্রভুনা হবাওতুনা ॥ ১৯৭। অতুগুম্বা প্রসাদী—চাকপু, নৈ পবেংবু নমথাংগী ফিজিদা পুন্দুনা। ভট্টাচার্য্যগী য়যুম্‌দা থুনা য়াংনা লেংলকলে ॥১৯৮॥ প্রভুনা লাকপদো অকন্না থোকপা মতমতা ওইরি। মতমসিদা ভট্টাচার্য্যগী য়াহৌবকপা ওইরে ।১৯৯॥ ফাওনা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা ভট্টাচার্য্যনা য়াহৌরকই। শ্রীকৃষ্ণনাম তাবদা প্রভুগী নুংঙাইবা হেনগৎথরে ॥২০০॥ মানা মপান্দা থোকলকপদা প্রভুগী শ্রী-মুর্ত্তিবু উবা ফংজে। তকুপ তরামনা চংশিন্দুনা প্রভুনা শ্রীচবন্দা খুরুমজবে ॥২০১॥ ফমনবা আসনবু থাই ইবুংঙোনা মনাইগা লোয়ননা ফমলে। প্রসাদী চাকপু থোকতুনা প্রভুনা মাগী খুত্তা পীবিবে ॥২০২॥ প্রসাদী ফংবদা ভট্টাচার্য্যগী নুংঙাইবা ওইখবে। সন্ধ্যা-স্নানবু, যাথিনববুসু তৌরুত্রি তৌই-গুম্বসুং ॥২০৩॥ শ্রীচৈতন্যগী থোজান্দগী পুক্লিংগী ফকচিনবা পুম্নমকপু কোকথরে। শ্রীকৃষ্ণবু নিং-শিংতুনা শোঞ্জবদা অমসুং উজবনা ইহেন হেননা শেংলে থনখ্রে। শ্লোকসি খিরগা প্রসাদী চাকপু চাথবে ॥ ২০৪।

**অনুবাদঃ।**—শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদী চাকনা কংলবসু অমদি পুমলবসু অমসুং অরাপপা দেশদগী পু-বকপা ওইরবসু প্রসাদী চিঞ্জাকপু ফংবত্থমক্তদা—চাজগনি, মতুদা মতমগী রাথলবু তৌরোই। ইত্তি ॥ ১৬ ॥

তত্রৈব।—

ন দেশনিয়মস্তত্র ন কালনিয়মস্তথা। প্রাপ্তমন্নং দ্রুতং শিষ্টৈর্ভোক্তব্যং হরিরব্রবীৎ ॥১৭॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ২য় স্কঃ ৭ম অধ্যায়ে ৪১ শ্লোকে নারদং প্রতি ব্রহ্মবাক্যম্।

যেষাং স এব ভগবান্ দয়য়েদনন্তঃ সর্ব্বাত্মনাশ্রিতপদো যদি নির্ব্যলীকম্।
তে দুস্তরামতিতরন্তি চ দেবমায়াম্ নৈষাং মমাহমিতি ধীঃ শ্বশৃগালভক্ষ্যে।১৮॥

**অন্বয়ঃ** —তত্র—মতুদা, দেশনিয়মঃ—মফমগী নিয়ম্না, ন লৈতে, তথা— অতুমনা, কালনিয়মঃ—মতমগী নিয়মস্থ, ন—লৈতে, শিষ্টৈঃ—সাধুশিংনা, প্রাপ্তং—ফংলব, অন্নং—মহাপ্রসাদী চিঞ্জাকপু, দ্রুতং—থুনা, ভোক্তব্যং—চাজগনি, হরিঃ—শ্রীহরিন, অব্রবীৎ—হায়খি। ইতি ॥ ১৭ ॥

**অন্বয়ঃ** ।—সএব—অহুগুম্বা, অনন্ত—লোম্বা লৈতবা, ভগবান—শ্রীকৃষ্ণনা, যেষাং—মথোযদা, দয়য়েৎ থৌজানবিরবা, যদি—মতমতুদা, নির্ব্যলীকং—.লৌনমদনা, সববাত্মনাশ্রিতপদঃ— পুক্লিং, হকচাং, য়াথং লোংদনা চংজরবা, তে— মথোয় অতুনা, দুস্তরাং—লানঙমদ্রবী, দেবমায়াং—দেব মায়াবু, অতিতরন্তি—থোইদোকনা লাল্লি, এষাং—মথোয়গী, শ্বশৃঙ্গালভক্ষ্যে—হুই, লমহুইনা চাগদবা হকচাংদ, মম— ঐগী অহং—ঐনি, ধীঃ—নিংবনা ন—ওইদে। ইতি ॥ ১৮॥

**অনুবাদঃ**।— শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদীবু মতুদা ফংলবদা মফমগী নিয়ম্না লৈতে অতুম্না মতমগী—নিয়মস্থ লৈতে। সাধুশিংনা ফংলবা প্রসাদী চিঞ্জাকপু থুনা চাজগদবনি হরিনা হায়খি, অসিনা প্রসাদীগী মগুন্ন। ইতি ॥১৭॥

উবদা মহাপ্রভুগী পুকনিংনা নুংঙাইবা ওইরে। প্রেমদা চংতুদা প্রভুনা মনাইবু কোনবিথবে ॥২০৫ মথোয় অনিনা অনিমক্তা কোন্নতুনা জগোইবু শারকই। মপু মনাইগী হকচাংবু শোক্লবদা অনিগী পুকনিংনা শাংকাইরে ॥ ২০৬ ॥ হুমাং, নিকপা, পি তাবা, অনিমক্রা— তাওতুনা নুংঙাইবগী সমুদ্রদা তাওখ্রে। প্রেমদা চংবা ওইতুনা প্রভুনা হায়রকলে ॥ ২০৭ ॥ ঙসি ঐনা অর্য়াবা লৈতনা মবোন অহুমবু ঙমজরে। ঙসি ঐনা বৈকুণ্ঠদা কাখৎপবু তৌখরে ॥২০৮॥ ঙসিদি ঐগী অপাম্ববু থুংবা ওইরে। সার্ব্বভৌমগী মহাপ্রসাদীদা থাজবা ওইরবদা ॥ ২০৯ ॥ ঙসিতা লৌমমদনা শ্রীকৃষ্ণদা নংনা চংজবা ওইরে। শ্রীকৃষ্ণনা লৌনমদনা নঙোন্দা থৌজানবিবরনি ॥ ২১০ ॥ ঙসিদি নংগী অহুগুম্ব হকচাংনচিংবগী অপনবম্ব কক্থৎলে। ঙসিদি নংন মায়াগী পুনশিনববু তুপথৎলে ॥ ২১১ ॥ ঙ শ্রীকৃষ্ণবু ফংবা মতিক চারে নংগী পুকনিংনা। বে ধর্ম্মবু রূপানা লাম্থোক্তুনা প্রসাদীবু চাজরে ॥২১

**অনুবাদঃ** ।—ব্রহ্মানা নারদদা অহুগুম্বা লোম দবা শ্রীকৃষ্ণনা মথোয়দা, থৌজানবীরবা মতম পুকনিং, হকচাং, য়াথংনা লোংদন চংজরবা মথো অতুনা লানঙমদ্রবী দেবমায়াবু থোইদোকনা লাল্লি মথোয়গী হুই, লমহুইনা চাগদবদা হকচাংদা ঐগীনি ঐনি নিংবা য়াথম্না ওইদে। ইতি ॥১৮॥

অসি হায়রগা মহাপ্রভুনা মাগী লৈফমদা লাকলে মসিদগী ভাট্টাচার্য্যগী অথোয়বা নাপনবু কোক ॥ ২১৩ ॥ শ্রীচৈতন্যগী চরণ নত্তনা অতোপ্প থংখিদরে। ভক্তি নত্তনা অতোপপা লাইরিক অর্থবু তৌদরে ॥২১৪॥ গোপীনাথনা মাগী বৈ ওইবতুদা উরতুনা। হরি হরি লোন্দুনা খুইনা তা থাতুনা জগোই শাই ॥ ২১৫ ॥ মথংগী মুখিত্তা-

তথাহি—বৃহন্নারদীয় বচনম্।

**হরের্নাম হরের্নাম হরের্নামৈব কেবলম্। কলৌ নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব নাস্ত্যেব গতিরন্যথা ॥১৯॥**

তথাহি—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ষষ্ঠাঙ্কে দ্বাত্রিংশাঙ্কধৃতৌ সার্ব্বভৌমভট্টাচার্য্যকৃতৌ শ্লোকৌ।

**বৈরাগ্য বিদ্যা নিজভক্তিযোগ-শিক্ষার্থমেকঃ পুরুষঃ পুরাণঃ।**
**শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য-শরীরধারী কৃপাম্বুধির্যস্তমহং প্রপদ্যে ॥২০॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—যঃ—মানা, একঃ—অমতা ভাইবা, কৃপাম্বুধিঃ—থৌজান্না সমুদ্রওইবা, পুরাণঃ—অহানবা, পুরুষঃ—পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা, বৈরাগ্য-বিদ্যা-নিজ ভক্তিযোগশিক্ষার্থং— বৈরাগ্য কৌবা শ্রীকৃষ্ণ মাগী রাগানুগা প্রেম ভক্তিবু তম্বিগে হায়বগীদমক্তা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শরীর ধারী—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইনা পোকলববা, তং—অদুগুম্বা মহাকপু, অহং—ঐনা, প্রপদ্যে —চংজবি। ইতি ॥২০॥

---

ভট্টাচার্য্যনা দর্শন্দা— চৎলগা। শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌদনা প্রভুগী মফমদা লাক্কুনা ॥ ২১৬ ॥ দণ্ডবৎ তৌবগা মথল মথা য়ামনা হায়জববু তৌই। নোল-লুকনা তৌদুনা মশাগী হান্নগী পুক ফত্তবদো হায়-দোকই ॥২১৭॥ থোইদোকপা থৌবাংগদবা ভক্তিবু হায়বিযু তাজগে হায়ববদা। প্রভুনা তাকপিবকই হরিনাম্বু থরাই য়াওনা শোল্লু ॥২১৮॥

**১৯ শ্লোককী ১।৭।৩ শুবদা য়েংউ।**

(শ্লোকনা থুদম ওইনা প্রভুনা, সার্ব্বভৌমদা হরি নাম মন্ত্রদা বৈবাজ্ঞ তম্বীরে) অসিগুম্বা শ্লোকা অর্থবু শস্তোক্লা তৌরগা তাহল্লে। তাবদা ভট্টাচার্য্যগী পুকনিংদা অডকপা ওইরে ॥২১৯॥ গোপী নাথ আচার্য্যনা হায়, ঐনা হান্না অদুম্না হায়বদো তারিবরা ভট্টাচার্য্য! নংগী মদুমকপু ওইরেদো ॥ ২২০ ॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, মডোন্দা খুরুমলগা। নংগী মরিদগী প্রভুনা ঐডোন্দা থৌজানবু তৌবিবনি ॥২২১॥ নংনা অথোইবা ভক্তনি ঐনা য়েৎনবদা মমলবনি। প্রভুনা থৌজানবিরে, ঐডোন্দা নংগী মরীদগী ॥২২২॥ নোল্লুকপবু তাবদা পেন্দুনা প্রভুনা ভট্টাচার্য্যবু কোলবিদুনা। হায়রকই— চংদুনা জগন্নাথবু দর্শন তৌররো ॥২২৩. জগদানন্দ, দামোদর অনিবু লোযনদুনা পুরগা। শ্রীজগন্নাথবু য়েংলুবগা মযুমদা লাক্লগা ভট্টাচার্য্যনা ॥ ২২৪ ॥ নিংথি নিংথিবা অথোইবা প্রসাদীবু য়াম্না পুরক্কুনা মাগী ব্রাহ্মণগী খুত্তা পীরগা অনিগা লোয়নহল্লে ॥২২৫॥ কোনা মনা অমদা মাগী শ্লোক অনিথক ইবদুনা। প্রভুদা কৎলু হায়দুনা জগদানন্দগী মখুত্তা পীরে ॥ ২২৬ ॥ প্রভুগী মফমদা লাক্লে অনিনা প্রসাদীগা লাইরিকৃকা পুদুনা। মাগী মখুং-তগী ফংদুনা লাইরিক্তো মুকুন্দদত্তনা লৌখবে ॥২২৭ শ্লোক অনিদো মপানগী ফকলাংদা ইদুনা থমহোরে। অদুগী তুংদা জগদানন্দনা প্রসাদীসু পত্রসু প্রভুদা পুরক্কুনা পীরে ॥২২৮॥ প্রভুনা শ্লোকপু পারগা লাইরিক্তো সেগাইদুনা হুস্তোকথরে। ফকলাংদা য়েংদুনা অয়াম্বা ভক্তশিংনা চিনফা পুনরে, প্রভুগা প্রসাদ ফংলে ॥২২৯॥

**অনুবাদঃ**।—সার্ব্বভৌমনা, হায় অমতা ভাইবা থৌজান্না সমুদ্র ওইবা অহানবা পুরুষ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা, বৈরাগ্য কৌবা শ্রীকৃষ্ণ মাগী রাগানুগা-প্রেম ভক্তিবু তম্বিগে হায়রগীদমক্তা, শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী মশক ওইনা পোক্লরবা মহাকপু ঐনা চংজরি ইতি ॥২০॥

কালান্নষ্টং ভক্তিযোগং নিজং যঃ প্রাদুষ্কর্ত্তুং কৃষ্ণচৈতন্যনামা।
আবির্ভূতস্তস্য পদারবিন্দে গাঢ়ং গাঢ়ং লীয়তাং চিত্তভৃঙ্গঃ ॥ ২১ ॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ম স্কঃ ১৪ অধ্যায়ে ৮ম শ্লোকে শ্রীকৃষ্ণং প্রতি ব্রহ্মবাক্যম্

তত্তেহনুকম্পাং সুসমীক্ষ্যমাণো ভুঞ্জান এবাত্মকৃতং বিপাকং।
হৃদ্বাগ্বপুর্ভির্বিদধন্নমস্তে জীবেত যো ভক্তিপদে সদায়ভাক্ ॥২২॥

**অন্বয়ঃ**।—কালাৎ—মতমগী মতিক্কগী, নষ্টং—মাংবগুম্না ফোংতোক্কবা, নিজং—মাগী ওইবা, ভক্তিযোগং— বৈরাগ্য রাগানুগা প্রেমভক্তিবু, প্রাদুষ্কর্ত্তুং—ফোংতোক্কে হায়বগীদমক্তা, কৃষ্ণচৈতন্যনামা—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌদুন্না, যঃ—শ্রীকৃষ্ণমানা, আবির্ভূতঃ—পোক্কুনা ফাওববা, তস্য—মহাককী, পাদারবিন্দে—চরণ খম্বান্দা, চিত্তভৃঙ্গঃ—পুক্নিং থোইমুনা, গাঢ়ং গাঢ়ং—অচেৎপদগী চেৎনা, লীয়তাং - তিল্লসনু। ইতি— ॥ ২১ ॥

**অন্বয়ঃ**—তৎ—মরম অদুদগী, যঃ—মানা, তে—নংগী, অনুকম্পাং — থৌজানবু, সুসমীক্ষমাণঃ—চংথোক্না ভাইদুনা, আত্মকৃতং—মানা তৌজখিবা, বিপাকং—কর্ম্মগী মহৈবু, ভুঞ্জান্এব—চাবদুনা, হৃদবাগ্বপুর্ভিঃ—থমোই হকচাং য়াথং খিবিক্তা, তে—নংবু, নমঃবিদধন্—খুরুমজদুনা, জীবতে— হিংলবা, সঃ—মানা, ভক্তিপদে—ভক্তি হায়বা খুবমদা,, দায়ভাক্—শরুক ওইনা ফংই। ইতি ॥২২॥

**অনুবাদঃ**।—মতমগী মতিক্কগী মাংবগুম্না ফোংতোক্কবা মাগী ওইবা, বৈরাগ্য রাগানুগা প্রেমভক্তিবু ফোংতোককে হায়বগীদমক্তা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য কৌবা শ্রীকৃষ্ণ মানা পোক্কুনা ফাওববা। মহাক্কী চরণ খম্বান্দা ঐগী পুকনিং থোইমুনা অচেৎপদগী অচেৎপা ওইনা তিল্লসনু। ইতি ।২১।

(বৈরাঙ্গুদি—হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র, গায়ত্রীনা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা থৌগনববুনি)।

থৌরিদা অসিগুম্বা শ্লোক অনিনা ভক্তশিংগী ম্নাগী লিক ওইরে সার্ব্বভৌমগী মিংচংনা চক্তা মথোন হৌবগুমনা ফাওখরে ॥২৩০॥ সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী লোংদবা ভক্ত অমা ওইরে। শ্রীমহাপ্রভুবু নৎতনা সেবা তৌগদবা অতোপপা অমা থংখিদ্রে ॥২৩১॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য শচীগী মচা চালহৈবা গুণগী লৈকম অমুমনা নিংই অমুমনা শোল্লি অসুম্বা নামু লৌই ॥২৩২॥ লোংমনী তুমিংক্তা সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী মকমদা লাকতুনা। খুরুমজগা শ্লোক অমা খিদোকলকলে ॥২৩৩॥ শ্রীভাগবতকী ব্রহ্মানা হায়জবগী শ্লোক্কি খিবক্লিবদো। শ্লোককী মমৈদা ময়েক অনিবু হোংদোক্কুনা খিরকই ॥২৩৪॥

**অনুবাদঃ**।—ব্রহ্মানা— মরম অদুদগী মানা নংগী থৌজানবু চংথোক্না ভাইদুনা, মাগী তৌখিবা কর্ম্মগী মহৈবু চারদুনা, থমোই, হকচাং, য়াথং খিবিক্তা নংবু খুরুমজদুনা হিংলবা মানা ভক্তি হায়বা খুবমু সরুক ফংই। শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা মশকপু খংই ॥ ২২ ॥

প্রভুনা হায় মুক্তিপদবু মদুদা থীগদবনি ঃ ভক্তিপদবু করিগী থীরিবা করিনো নংগী পামলিবদো ॥২৩৫॥ ভট্টাচার্য্যনা হায় ভক্তিগী মহৈদি মুক্তি নত্তে। মুক্তিদি শ্রীকৃষ্ণদগী মমাই ওন্থোক্লবগী অরেপপা দণ্ডিনি। ২৩৬ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী অদুগুম্বা— অরেপপা মশকপু য়াদদুনা। মীদুনা অকায়বা ভাংবা লাম্নচিংববু মাপা লোয়ননা তৌবা ॥২৩৭॥ অদুগুম্বা অনিগী দণ্ডি ওই ব্রহ্মদা তিলবা মুক্তিসি। মীদুনা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৩ স্ক ২৯ অং ১১ শ্লোকঃ।

**সালোক্য সাষ্টি সামীপ্য সারূপ্যৈকত্বমপ্যুত। দীয়মানং ন গৃহ্লন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ ॥২৩॥**

ভক্তিবু তৌরবা মাগী মুক্তিনা মহৈ নত্তে ।। ২৩৮ ।। তৌইগুম্বস্মুং অদুগুম্বা মুক্তিদা মথল মঙা শুই। নৈকম তিন্নবা মনাক নকপা, মানবা মান্নবা ব্রহ্মদা তিল্লবা অমদি। নৈফম তিন্নবনচিংবা মবিনা মতম-তুদা সেবাগী থোং ওইববস্থ মতমতুদা ভক্তশিংনা করিগুম্বদা লৌনববা লৌনদে ।।২৪০।। ব্রহ্মদা তিন-বদি তাবদা ভক্তশিংগী তুক্কচ্ছবা অকিবা ওই। ব্রহ্মদা তিনববু লোবদগী ভক্তশিংনা নবকনা পাম্মী অতুম ওইনমকপু ।।২৪১।। ব্রহ্মদা তিনবা, ঈশ্বরদা তিনবা মথল অনিনি। ব্রহ্মদা তিনবদগী ঈশ্বরদা তিনবনা হেন্না তোল্লি ।।২৪২॥

**২৩, শ্লোক্কী ১।৪।৩৬ শুবদা য়েংউ।**

প্রভুনা হায়—মুক্তিপদগী অতোপপা অর্থনি। মুক্তি-পদ হায়বনা সংসংনা শ্রীকৃষ্ণবু হাযরি ॥২৪৩॥ মুক্তিনা মাগী শ্রীচরন্দা ওইবা মদা মুক্তিপদ ওই। পদার্থ তবাগী মাপনশুবা মুক্তিগী অমদি সমাশ্রয়নে ২৪৪। অনিসিগী অর্থনা শ্রীকৃষ্ণবু হায়বি, কবিগী হোংতোক্তুনা থিরী ? সার্ব্বভৌমনা হায় মুক্তি হায়বদো ভমজদরে ॥ ২৪৫ ॥ তৌইগুম্বস্মুং নংগী অর্থদো অসিগুম্বা শব্দদা হায়বি। অতুমক্‌পু দোষনা পক্‌পদগী হায়জবদা ভমজদরে ॥২৪৬॥ মুক্তি হায়বসিগী অরানবদা মথন মঙানি তৌইগুম্বস্মুং। ওইতুনামকপূ চৎনবতনা ব্রহ্মদা তিনবনা অরেপ্পা ওইরি ॥২৪৭॥ মুক্তিবু হায়গ-দবদা পুক্নিংদা হঙ্গোইরে মীপাইবা ওইরে। ভক্তি হায়গদবা পুক্নিংদা হরাওবা ওইখ্রে ॥২৪৮॥ তাবতুনা নোকই প্রভুনা পুক্নিংদা নুংঙাইরে। ভট্টাচার্য্যদা প্রভুনা চে না কোনবিরে —— ২৪৯॥ অতুগুম্বা ভট্টাচার্য্যনা চুমদবা লাইরিক্কা তম্মী তম্বী। শ্রীচৈতন্যগী খোজান্দগী মাগী অস্মুম্বা রাহৈনা ফাওরকলে ॥ ২৫০ ॥ অতুপকী মখৈ যোত্তা শোকলগা সুনা ওন্দ্রিবা। অতুপকী মখৈ স্পর্শ মণিবু কনানা থংবা ভমদে ॥ ২৫১ ॥ ভট্টা-চার্য্যগী বৈষ্ণবগী মতৌত্থ উবদা মী পুম্নমক্না। প্রভুবু সংসংবা শ্রীব্রজনিংথৌগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি থংনরে ॥ ২৫১ ॥ কাশিমীশ্ররনচিংবা অম্নাম্বা নীলাচলদা লৈবশিংনা। প্রভুগী চরন্দা লাক্তুনা পুম্নমক্না চংজররে ॥ ২৫৩ ॥ অসিগুম্বা হায়রিবা ময়ামসি কোম্না শিংথারক্কে। অতুম্না সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী সেবাবু তৌজবা ॥ ২৫৪ ॥ অতুম্না মথং মনাও লেম্নবা ভিক্ষাবু তৌহনবা। সন্তোক্না কোম্না মহুবু শিংথাববু তৌরক্কে ।। ২৫৫ ।। মহা-প্রভুগী সার্ব্বভৌমগী তিম্নবা লীলাবু মসিনি। মসিবু মীতুনা থাজনা তাববু তৌজরবদা ॥২৫৬॥ জ্ঞান কর্ম্মনা পুনবা থৌরিদগী নাম্বোকপা ওইনি। থিন্দনা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যগী চরন্দা মীতুনা ফংগনি ॥ ২৫৭ ॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমতুনা, শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥ ২৫৮ ॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা সার্ব্বভৌমবু লান্‌বীবা
হায়বা তরুকশুবা পরিচ্ছেদনি।

# সপ্তম পরিচ্ছেদ

ধন্যং তং নৌমি চৈতন্যং বাসুদেবং দয়ার্দ্রধীঃ।
নষ্টকুষ্ঠং রূপপুষ্টং ভক্তিপুষ্টং চকার যঃ ॥ ১ ॥

**অন্বয়ঃ** ।– যঃ—মানা, দয়ার্দ্রধীঃ থৌজানহৈবনা থমোই থোৎলবা ওইদুনা, বাসুদেবম্—বাসুদেব ব্রাহ্মণ মচাবু, নষ্ট কুষ্ঠং—কুষ্ঠি কোকহনববু, রূপপুষ্টং— মশক ফজববু, ভক্তি তুষ্টং— ভক্তিদা পেনববুসু, চকার—তৌথরবা, ধন্যং – থাগৎনবা ওইবা, তংচৈতন্যম্— শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাকপু, নৌমি— ঐনা খুরুমজে। ইতি ॥১॥

---

**অনুবাদঃ** ।— থৌজান হৈবনা থমোই থোৎলবা ওইবা শ্রীচৈতন্যনা ব্রাহ্মণ মচা বাসুদেববু কুষ্ঠি কোকহনববু, মশক ফজববু ভক্তিদা পেনববুসু তৌথরবা থাগৎনবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মাবু ঐনা খুরুমজরি। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে গৌরভক্তশিংগী মপেবু খুরুমজে ॥১॥ মতৌ অসুম্না সার্বভৌমগী লান্থীববু তৌরবদা। মথারোমদা লেংবদা প্রভুগী অপাম্বা পোক্লকলে ॥২॥ রাকচিংগী পানথৎলকপদা প্রভুনা সন্ন্যাস তৌরগা। ফাইরনদা লাক্লুনা নীলাচলদা লৈররে ॥ ৩ ॥ ফাইবেনগী—মমৈদা য়াওশংবু অতুম্না যেংই। প্রেমদা চংদুনা মতুদা অম্বাম্বা জগোই শাই, ঈশৈ শকই ॥ ৪ ॥ লৈদুনা লমদাদা সার্বভৌমবু থোইদোক্না লান্থীরে। সজিবুগী অহানবদা মথারোমদা চংপদা পুক্লিংনা লেপলে ॥৫॥ মাগী পুম্নমকপু নোল্লুকপবু তৌদুনা কৌশিল্লগা। কোন্দুনা পুম্নমক্তা শ্রীহস্তনা পায়দুনা ॥৬॥ মথাক পুম্নমকপু ঐনা থরাইদগী লুনা হেক্তা থংই। থরাইবু থাদোকনি নখোয়শিংবু থাদোক্কদবদা ভমলোই ॥৭॥ নখোযশিংনা ঐগী মকুপনি, মকুপকা তৌগদবা তৌবিরে। মসিদা পুবিরক্লুনা ঐবু শ্রীজগন্নাথবু উহল্লবদা ॥৮॥ হৌজিক পুম্নককী নফমদা ঐনা দান অমতা নিজগে। ময়ামনা পুল্লপনা যাথং পীবিয়ু দক্ষিন্দা চৎচগে ॥৯॥ শ্রীবিশ্বরূপপু থিবদা ঐনা শোয়দনা চংলগনি। ইত্তোমতা চৎকে, কনা অমতা লোয়নবা পুররোই ॥১০॥ অদুপকী মথৈ সেতুবন্ধদগী ঐনা লাক্কিবা অস্মপকী মথৈ নীলাচলদা নখোয় পুম্নমক লৈবিবস্মু ॥১১॥ “বিশ্বরূপকী সিদ্ধিবু ফংখ্রে” পুম্নমক্না থংলবদা। অসিগুম্বা মবৈনা দক্ষিণদেশবু লানবীগদবগী তৌবি ॥১২॥ তাবদুনা ময়ামগী পুক্লিংদা য়ামনা অরাবা ওইরে। কোক্তা বজ্রনা তাবা—অদুগুমনা মাইথোং লাংশিল্লে ॥১৩॥ শ্রীনিত্যানন্দনা হায—অসুমনা কনানা হৌনবনো ? নংনা নত্তোমতা চৎখ্রবদা মসিদা কনানা থাংগবা ॥১৪॥ অমা অনিদং লোয়নদুনা লেংবিয়ু হরাওদুনা পাঙ্গল থেক্পা তৌবিহু। মডোন্দা হায়বিয়ু ১।২দুনা নংগা লোইনদুনা চৎসনু ॥ ১৫ ॥ দক্ষিনগী তীর্থগী লমি পুম্নমকপু ঐনা থংই। ঐগা লোইনদুনা চৎসি

প্রভু । নত্তোই খাখাবু পিবীয় ॥ ১৬ ॥ শ্রীগৌর প্রভুনা হায় ঐনা জগোই শাবনি নংনা জগোই শাহনবনি । মতুম্মা নংনা শাহনবা অশুম্মা ঐগী জগোইবু শাজবনি ॥১৭। সন্ন্যাস তৌত্তনা ঐনা শ্রীবৃন্দাবনদা চংলুইদ্রে। নংনা ঐবু পুবক্তুনা শ্রীঅদ্বৈতগী মযুমদা লাকলে ॥ ১৮। নীলাচলদা লাকপদনা ঐগী চৈশুবু থুদেকপিথরে । নাপ্থাই পুন্নমক্কী চেংনা মুংশিবদা ঐগী থবকপু কাই-হল্লে ॥ ১৯ ॥ অতুনা জগদানন্দনা ঐবু সংসারগী মুংডাইববু পিজনবগীদমক্তা নিংই। মানা হায়বা মতবু তৌগদববদা আকিবা ওইরে ॥ ২০ ॥ মতম অতুদা করিগুম্বা মাগী য়াহৈদা ঐনা ইনাহৌদ্রবা শাগবতুনা মুমিৎ হুম্মিগক ঐ-চেন য়া ডাংশক্তে ॥ ২১ ॥ মুকুন্দনা ঐগী সন্ন্যাস ধর্ম্মবু উবগা য়াবা ওইরি । অতুমলক অইংবদা ইকঞ্জব লৈবাক্তা তুমবা মিতি গী ॥ ২২ ॥

খমোহদা য়াহ মুকুন্দনা চিন্দদি য়া হায়দোক্তে। মহাককী অয়াববু উবদা ঐগী অয়াবদা শকক অনি ওই ॥২৩॥ ঐনা সন্ন্যাসনি, দামোদরনা ব্রহ্মচারীনি। মতম খিবিক্তা ঐগী ইথক্তা শিক্ষা দণ্ড পাইতুনা লৈরি ॥২৪॥ মহাককী মমাংদা ঐনা তৌফম চংকম খংদরে। মহাক্কীদো ইন্দ্রবদা ঐগী লমচৎনা মনিংতৌবা তামি ॥২৫॥ মহাক্কি কৃপাদগী মীরাম্বু খাংদবা ওইরে। ঐদি করিগুম্বদা মিরাম খাংবা খাদোক্কদবা ভয়াত্রি ॥ ২৬ ॥ মরম অতুনা নখোই পুন্নমক্কী নীলাচলদা লৈহৌরে। মুমিৎ করানি মরুমদং ঐনা ইতোমত্তা তীর্থবু কোয়কগে ॥২৭॥ [illegible] পুন্নমক্কী। প্রভুবু খুদম [illegible] অতুগুম্বা [illegible] অকাইবা [illegible] মরৈদা চৈতন্যনা [illegible] তৌরি ॥২৮॥ শ্রীচৈতন্যগী [illegible] । [illegible] অয়াববুদি খাংলিবনি ॥২৯॥ অতুগুম্বা অয়া-

ববু উরদা অতুগুম্বা ভক্তনা অয়াববু ফংবা । অতু-গুম্বা অয়াববুদি মাগী পাঙ্গম্মা থাংবা ঙমদে ॥৩০॥ অফবদা অকায়বা হায়বা মরৈদা শ্রীনিত্যাইনচিংয়া খামলগা প্রভুনা হায়, ইতোমত্তা তীর্থবু কোয়গে বৈরাজ্ঞ তৌজবনি ॥ ৩১ ॥ মতমমতুদা ভক্ত মরিনা য়ামনা নোন্নুক্না হায়জরবদ । মনিংতম্বা ঈশ্বরনিনা প্রভুনা করিগুম্বদা য়ারিখিদরে ॥৩২॥ মতম অতুদা শ্রীনিত্যানন্দনা হায়,— নংগী অতুম্বা য়াথংদো। অয়াবা মুংডাইবা ওইরসনু, মতুবু ঐখোয়না তৌগদবনি ॥৩৩॥ তৌইগুম্বসুং অমুক ইম্মা অমতংত্তা হায়জগে । য়াথলু তৌরগা মতুবু ইনবীববু তৌবিয়ু ॥৩৪॥ কৌপীন, বাহির্ব্বাস অমদি জল পাত্র ১ত্তং অতোপপা থজিকতা পুন্নবদো অসিভংদদি পুন্ননা লেংবা তই ॥ ৩৫ ॥ নংগী খুং অনিদি হরিনাম শোনবগী মশিং থাবদা ফাখ্রনি। জলপাত্র বহির্-ব্বাস পুবদা করম তৌগদৌরিবা ? ॥ ৩৬ ॥ অতুগা প্রেমদা চংবদা লম্বীদা নংনা জ্ঞানবু মাংলবদা। নংবু জলপাত্র বাহর্ব্বাসগীবু কনানা শেন্নগনবা ॥৩৭॥ কৃষ্ণদাস কৌবা অসিগুম্বা তোঞ্জরিংবা ব্রাহ্মণ। মসিত্তা খোয়ন্দা পুরিখো, হঞ্চবদা য়ারিয়ু ॥৩৮॥ জলপাত্র বহির্ব্বাসবু পুতনা থোগন্দা চৎসনু। অতুগুম্বা নংগী লিংবদো তৌরো খল্লিক্তবু হায়-জররোই ॥ ৩৯ ॥ মতম অতুদা মাগী য়াহৈদা প্রভুনা য়াবিরবদা। মথোয় পুন্নমকপু পুতুনা সার্ব্বভৌমগী য়ুমদা লাকলে ॥ ৪০ ॥ খুরুমতুনা সার্ব্বভৌমনা আসন্দা লেংসিনবিয়ু হায়জে। পুন্নমকতা হায়জ-তুনা তীম্বগা আসন্দা ফমহল্লে ॥ ৪১ ॥ অয়ামবা শ্রীকৃষ্ণগী মপাওবু ডাংনবগা মতোন্দা হায়বকই। নংগী নকয়দা য়াথং নিগে হায়তুনা লাকচবনি ॥৪২ সন্ন্যাস তৌরগা তীর্থয়াত্রা, বিশ্বরূপা দক্ষিণদা চংখি। ঐনা মাগী [illegible] ॥৪৩॥ [illegible] ঐনা [illegible]

নংগী য়াথংদগী মুংঙাইনা হল্লক্কুনা লাকচগে ।। ৪৪।। তাবদা সার্ব্বভৌমনা ঙমথৈনাইদনা অরাবা ওইথরে। অরাবা পাওখুমনা চবন্দা কান্দুনা হায়রকই ।। ৪৫ ।। অযাম্বা মপাক্কী পুন্যগী মহৈ-না নংগী থৌগনবু ফংজবনি। অসুম্বা ঐগী সঙ্গবু বিধাতানা কাইহনববু তৌবক্কদৌবিববা ॥৪৬॥ মকোক্তা বজ্রনা থাতুনা মতমতুদা ইচানা শিথিবা, মতুবু থাংগনি নংগী কাইনবদি থাংবা ঙমলোই ॥৪৭॥ ননিংতম্বা ঈশ্বরনি নংনা লেংবদা তারবদি। নুমিৎ কয়ানি মরুমদং লৈবিথো নংগী চরনবু য়েংজথিগে ॥ ৪৮ ॥ মহাককী নোল্লুকপদা প্রভুগী পুক্নিংনা কোমথোকথরে। নুমিৎ কয়ানিমকম লৈথোকলে চংপবু তৌদরে ॥ ৪৯ ॥ ভাট্টাচার্য্যনা হিক্থোংতুনা নিমন্ত্রণবু তৌজরে। যুমদা থোংলগা প্রভুদা চাববু তৌহল্লি ॥৫০॥ মহাক্কী ব্রহ্মন্নি মাগী মমিং ষাঠি মাতা কৌবী। মানা লুকহৌতুনা চানববু পীবা মাগী রাদো অঙকপনি ।। ৫১ ।। হায়রক্কে মতুংদা মতুবু সনতোকনা তৌরতুনা। হৌজিক্তি প্রভুগী দক্ষিন্দা চংপগী রারমদো হায়থিগে ।। ৫২ ।। নুমিৎ মরিনি ভাট্টাচার্য্যগী মফমদা লৈরগা প্রভুনা। মঙোন্দা চংনবগী মবমদা য়াথংবু নিবকলে ॥৫৩॥ প্রভুগী অনম কনবদা ভট্টা-চার্য্যনা য়ারকলে। প্রভুনা মাবু পুতুনা শ্রীজগন-নাথগী মন্দিরদা চংলকতুনা ॥৫৪॥ য়েংলগা ঠাকুরগী নাকৃতা য়াথ বু নিরক্লে। পুজারীনা য়াথং লৈ-পরেংবু, প্রসাদীবু পুরকতুনা পীররে ॥৫৫॥ য়াথংগী লৈপবেংবু ফংলবদা হরাওবদা থুরুমলগা মুংঙাইনা দক্ষিণ দেশদা চংলগে হায়রতুনা গৌরহরিনা ॥ ৫৬॥ ভট্টাচার্য্য অমসুং মাগী অয়াম্বা ভক্তশিংনা থৌ-গন্দুনা শ্রীজগন্নাথবু য়েংলোইনরগা কোয়রতুনা চংলকলে ॥৫৭॥ সমুদ্রগী মপান মপান্দা অলালনাথ শ্রী লৈখাদা। চংলকপদা গোপীনাথদা, সার্ব্বভৌমনা হায়রকই ॥৫৮॥ কৌপীন বহির্ব্বাস মথিথক য়ুমদা থনম্বনি। মতুগা লোয়নতুনা ব্রাহ্মণনা থোং ওইতুনা প্রসাদী চিঞ্জাকসু পুতুনা লাকউ ॥ ৫৯ ॥ অতুগী মতুংদা প্রভুগী শ্রীচরন্দা সার্ব্বভৌমনা হঙ্গংলি। ননাক্তগী অসিগুম্বা হায়জববু শোয়দনা তৌবিরকউ ॥৬০॥ গোদাবরীগী মপান্দা ননাই রামানন্দরায়না লৈবনি। বিদ্যানগরগী মানা অধিকারী মন্ত্রী ওইরী ॥৬১॥ শুদ্রনি, মন্ত্রীনি থন্দুনা মাবু ইম্থোকপা তৌ-বিরমগনু। ঐগী রাহৈদা (হঙ্গৎচবদা) মঙোন্দা লেপনা তিন্নবিয়ু ।। ৬২ ।।

মহাক্না নংগী তৌন্নবগী মতিকচাবা মী অমনি। পৃথিবীদা রসবু চাবা ভক্তনি মাগা মানবা লৈতে ॥ ৬৩ ॥ পণ্ডিত অমসুং ভক্তিরস অনিসিগী মাহাক্না ঙমথৈনি। ঙাংনরবদা থংগনি নংনা মহাক্কী মতিকতো ।। ৬৪ ।। মাগী মী ওইবদা ওইথোকতবা রাঙাং অমসুং লমচংনি থংবদা ঙমদে। নোকনরম্মি ঐথোইনা বৈষ্ণব বৈষ্ণব হাতুনা ।। ৬৫ ।। নংগী থৌজান্দগী হৌজিকৃতি মাগী অবেপ্পা মশকতো থংলে। রাঙাংনবিববদা থংবিগনি মাগী অতুগুম্বা মতিকতো ।। ৬৬ ।। মাহাক্কী হায়জবদো প্রভুনা য়াববু তৌবিরে। মাঙোন্দা বিদায়বু পিবদা প্রভুনা মঙোন্দা কোন-বিরে ।। ৬৭ ।। যুমদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংহৌরো লৈ-হৌরো ঐঙোন্দা মঙ্গলবু তৌরো। নীলাচলদা— নংগী থৌজান্দগী ঐনা অতুমনা হল্লককে ।। ৬৮ ।। অসি হায়রমলগা মহাপ্রভুনা লেংথরে। রাম্মতুনা মতুদা সার্ব্বভৌমনা লৈবাকত্তা তাথরে ॥ ৬৯ ॥ মাবু হুন্দোক্লমলগা থুনা চংথরে। শ্রীমহাপ্রভুগী পুক্নিং, রাথলবু কনানা থংবদা ঙমগবা ? ॥ ৭০ ॥ মতিক চাওবগী পুকনিংগী মচংপু অম্রুমনা [illegible] । লৈগা মায়না মেংই, কল্লকলবদা [illegible] [illegible] ॥ ৭১ ॥

তথাহি—বীরচরিতস্তোত্তরচরিতে ৩ অঙ্কে ২৩শ্লোকঃ ॥২॥

**বজ্রাদপি কঠোরাণি মৃদূনি কুসুমাদপি। লোকোত্তরাণাং চেতাংসি কোহি বিজ্ঞাতুমীশ্বরঃ ॥২॥**

**অন্বয়ঃ**।—বজ্রাৎ—বজ্রদগী, অপি—অমসুং, কঠোরাণি—হেন্না কল্লি, কুসুমাৎ— লৈদগী, অপি—অমসুং, মৃদূনি—হেন্না মেংই, লোকোত্তরাণাং— মীওইবদগী হেন্তোকপশিংগী, চেতাংসি— থমোইশিংবু, পুক্লিংশিংবু, কঃ—কনানা, হি—লেপনা, বিজ্ঞাতুম্—খঙ্গদবদা, ঈশ্বরে—ঙমগবা ঙমদে। ইতি ॥২॥

**অনুবাদঃ**।— কল্লবদা বজ্রদগীসু হেন্না কল্লি—মেংলবদসু লৈদগীসু, হেন্না মেংই।— মীওইবদগী হেন্তোকখববশিংগী পুক্লিংশিংবু লেপনা কনানা খংবা ঙমগদবা ঙমলোই। ইতি ॥২॥

শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা ভট্টাচার্য্যদা কোন্দুনা হৌগৎহল্ল। মাপী মীশিংগা লোয়না মাবু ময়ুমদা থাখ্রে ॥৭২॥ থুনা লাক্কুনা ভক্তশিংনা পুবিবা প্রভুগী থোগন্দা লোয়নরবে। অদুগী মতুংদা বহির্ব্বাস প্রসাদীবু পুবকতুনা গোপীনাথনা লাকলে ॥ ৭৩॥ পুম্নমককা লোয়নদুনা মতুংদুদা প্রভুনা অলালনাথদা লাকলে। থুরুমদুনা অলালনাথদা যামনা হায়জববু তৌরকলে ॥৭৪॥ প্রেমদা চংদুনা জগোই, ঈশৈ তৌদুনা মিকুপ খরদং লৈরে। মহুদা লৈবা অয়াম্বা মীশিংনা লাকতুনা যেংগদবগীদমক্তা ॥ ৭৫ ॥ লাকলগা মাইকৈ মরিমক্তা অয়াম্বা মীশিংনা হরি ২ শোল্লরে। প্রেমদা চংলবদা গৌবহরিনা ময়াইদা জগোই শারে ॥ ৭৬ ॥ মাগা মান্নবা হকচাংনি গেরুৱা শংবা বহির্ব্বাস শেৎলি। তুজুংই, পিতাই, নিকই, হুমাংনা মহুদা লৈতেংই ॥ ৭৭ ॥ য়েংবতনা মীশিংগী পুক্লিংদা অঙকপা ওইখরে। অয়াম্বা মীশিংনা লাক্লবদা কনানা ময়ুমদা হনখিদে ॥৭৮॥ কনানা জগোইদা কনানা ঈশৈদা শ্রীকৃষ্ণগোপাল শোন্দুনা। প্রেমদা তাওখ্রে মুপী অহন, পাখং, অঙাং মীয়ামদো ॥৭৯॥ উবদা শ্রীনিত্যানন্দপ্রভুনা ভক্তশিংদা হায়। খুন খুন খুদিংদা মতুংশিদা মতৌ অসুমনা জগোইদা ওইগনি ॥৮০॥

অদুনদি মতম খেংখরে মীয়ামনা থাদোক্তুনা চংখিদরে। অদুগী মতুংদা শ্রীনিত্যানন্দগোসাঞিনা উপায় অমা শেমলদুনা ॥৮১॥ মানবু তৌনবগী প্রভুবু পুদুনা চংখবে। মহুবু উদুনা মীয়ামনা মাইকৈ মরিমক্তা চেন্দুনা লাকলে ॥৮২॥ ইরুজরগা অলালনাথগী মন্দিরদা লাকলে। ভক্তশিংনা থোগন্দুনা প্রভুনা লেংশিনখ্রবদা থোং পোরোন লোন্দুনা খিংজিন্খরে ॥৮৩॥ অদুগী তুংদা গোপীনাথনা প্রভু অনিদা প্রসাদীবু ফংহল্লে। প্রভুগী প্রসাদী অবেম্বা চিল্লাকপু পুম্নমক্তা য়েন্দুনা চামিন্নরে ॥৮৪ অতা-অতাবা মী অয়াম্বনা মপানগী থোংদা লাকতুনা। মীয়ামনা হরি হরি শোন্দুনা নিল খোংবরু তৌররে ॥৮৫॥ অদুগী মতুংদা মহাপ্রভুনা থোংবু হাংতোকতুনা লেপ্পরে। মুংডাইরেদা— মীয়ামনা লাকতুনা দর্শনবু তৌজরে। ৮৬ ॥ মতৌ অসুমনা লাকক্কনা সন্ধ্যানা লোম্বা ফাওবা মীয়ামনা চংলকই। মীয়ামদো বৈষ্ণব ওইরে পুম্নমক্তো জগোই শাই, ঈশৈ শকই। ৮৭॥ মতৌ অসুমনা ভক্তশিংনা থোগন্দুনা প্রভুনা মফম অদুদা। শ্রীকৃষ্ণগী নামমন্ত্রনা মুংডাইবদা অদুগুম্বা অহিংদো লেপ্লে ॥ ৮৮ ॥ নোংডানবদা মানবু তৌরগা চৎপবু তৌরকলে। ভক্তশিংদা কোনবীদুনা লৈহোরো বিদায় পীখিরকলে ॥৮৯॥ পুম্নমক্তা রাম্বদুনা লৈবাক্তা তাহোরে, মহুদা প্রভুনা ময়ামগী মফমদা হন্না য়েংলমদে ॥৯০॥ কায়নবদা অয়াম্বনা প্রভুনা রাম্বদুনা লেংলক্লে ॥ মতুংদা কৃষ্ণদাসনা পাত্রপা ফিপা পুদুনা ইল্লি ॥৯১॥

ভক্তশিংনা চরা হেন্দুনা মকমতুদা লৈরগা। মতুংগী হুমিত্তা অরাবা ওইদুনা নীলাচলদা লাকলে॥ ৯২॥ ময়াইকাবা নোংশাগুম্না প্রভুনা লেংলকই। প্রেমদা চংলবদা চংলকপদা নাম সঙ্কীর্ত্তনবু তৌই॥ ৯৪॥

হে কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ।
হে কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ॥
হে কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ ঐবু ঙাকপিয়ু।
হে কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ-কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ ঐবু কনবিয়ু॥
হে রামরাঘব রামরাঘব রামরাঘব ঐবু ঙাকপিয়ু।
হে কৃষ্ণকেশব কৃষ্ণকেশব কৃষ্ণকেশব ঐবু কনবিয়ু॥৩

অসিগুম্বা শ্লোকসি খীরদুনা লম্বীদা চংপদা গৌর-হরিনা। লম্বীদা উম্নবসিদা হরি হরি শোল্লু হায়॥৯৪॥ অদুগুম্বা মীদুনা প্রেমদা ময়াই 'কাদুনা হরি কৃষ্ণবু শোল্লি। প্রভুগী মতুংদা লোয়নদুনা চংলি উবগী অমৃতবু খোল্লাংদুনা॥৯৫॥ ইল্লকপনা কয়া লাপনা কয়া হেন্দোক্লবদা প্রভুনা মঙোন্দা কোনখি-দুনা মীগী য়ানিংবা শক্তিবু পীদুনা মঙোন্দা লৈহো নবা বিদায় তৌরম্মী॥৯৬॥ অদুগুম্বা মী অদুনা মাগী মখুন্দা চংখবে। কৃষ্ণ শোনদুনা নোকই, কপই, অতৎপা লৈতনা জগোই শারম্মে॥৯৭ মঙোন্দা য়েংলবা মঙোন্দা কৃষ্ণ শোল্লু হায়দুনা শোল্লি। মতৌ অসুম্না মাগী খুনগী মীশিংবু বৈষ্ণব ওইহল্লি॥ ৯৮॥ অদোম্বা খুন্দগী নোংদম-দগী অয়াম্বা মীশিংনা লাক্লবদা। মহাকী দরশনগী খোজান্দগী মাগা মায়ুমবা ওইবে॥ ৯৯॥ অমুক মানা চংদুনা মাগী খুনগী মীশিংবু বৈষ্ণব ওইহল্লি। অদোম্বা খুনগী মীনা লাক্লুনা অদোম্বা য়েংবদা বৈষ্ণব ওইখরে॥ ১০০॥ অমুক মান্না চংদুনা অমুক খুন্দোংলৈবাক্কী শিংদা হরিনামবু তাক্লুনা বৈষ্ণব ওইহল্লি। মথং অমাম্না দক্ষিণ দেশদা লৈবাক্কী মতৌ অসুম্না বৈষ্ণব ওইহল্লি॥ ১০১॥ মতৌ [illegible] চংলমগা মী [illegible] মখোয়দা কোনখিদুনা লোইনমক বৈষ্ণবপু ওইহল্লি॥১০২॥ অদুগুম্বা খুন্দা লৈবা মাগী ময়ুমদা ভিক্ষা তৌরুবদা। অদুগুম্বা খুনগী অয়াম্বা মীশিংনা য়েংগদবগীদমক্তা লাকপদা॥ ১০৩॥ প্রভুগী খৌজান্দগী অথোইবা মতিক চাবা বৈষ্ণব ওইহল্লি অসিগুম্বা পুম্নমককী গুরু ওইদুনা জগৎপু লান্‌বিরি॥১০৪॥ মতৌ অসুম্না তৌবনি অদুপর্ব মথৈ সেতুবন্ধদা চৎপদা। প্রভুগী মথীদগী দে পুম্নমকপু বৈষ্ণব ওহবে॥১০৫॥ নবদ্বীপ্তা অদুগুম্ব শক্তিদো ফোংতোকপা তৌদ। অসিগুম্বা শক্তি ফোংতোক্লুনা দক্ষিণ দেশদা লান্‌বিরি॥ ১০৬ প্রভুদা মীদুনা নিংবা মঙোন্দা মাগী খোজানবিবা মীদুনা অসুক ওইবা লীলা পুম্নমকপু অবেপ্পা লোগনি॥ ১০৭॥ মীওইবগী ওইথোক্তবা লীলাদ মাগী খাজববু পোক্তবা। মীদো শিববদসু হংলি চৈদসু মাগী অমাংবা ওইগনি॥ ১০৮॥ প্রভুগ মশক অদুম্না দক্ষিন্দা চংপদো অহানবদা হায়র বনি। দক্ষিন্দা ফোইবিবা অদুকী মথৈ মথে অসুম্না খংগনি॥ ১০৯॥ মতৌ অসুম্না চংল চংলকপদা কূর্ম্মগী মফমদা লাক্লে। কূর্ম্মভগব য়েংতি মঙোন্দা খুরুমলদুনা হায়জরে॥ ১১০ প্রেমদা চংদুনা নোকই, কপী জগোই শ ঈশৈ শকই। য়েংবদা অয়াম্বা মীশিংগী পুক্নিং অঙকপ ওইখরে॥ ১১১॥ অঙকপবু তাবদা পুম্নমকনা য়েংনবগীদমক লাকই। প্রভুগী প্রেম শককমবু য়েংবদা অঙকপা ওইখরে।১১২। উ বদা বৈষ্ণব ওইদুনা কৃষ্ণ হরিবু শোল্লে। প্রেম চংদুনা মীয়ামনা পাখৌম খাঙদুনা জগোই শা ॥১১৩॥ কৃষ্ণ নামবু মীশিংগী মচিন্দা অতৎপা টৌদ তাবদা। অদুগুম্বা মীশিংগী অয়াম্বা অদোম্বা [illegible] বৈষ্ণব ওইহল্লি॥১১৪॥ মতৌ [illegible] [illegible] অমসুং লোকশিংদু বৈষ্ণব ওইরে। [illegible]

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৮১ অং ১৪ শ্লোকে কৃষ্ণমুদ্দিশ্যে সুদামবাক্যম্।

কাহং দরিদ্রঃ পপীয়ান্ ক কৃষ্ণঃ শ্রীনিকেতনঃ।
ব্রহ্মবন্ধুরিতি স্মাহং বাহুভ্যাং পরিরম্ভিতঃ ॥ ৩॥

নামামৃতগী ইচেন্দা দেশশিংবু তাওহল্লে ॥ ১১৫ ॥ মিকুপ কয়ামকম্থু লৈরবদা প্রভুনা মপানগী জ্ঞানবু ফোংলবা মতমদা। কুর্ম্মভগবানগী মনাইনা যাম্না ইকাই খুম্মনা সেবাবু তৌগবে ॥ ১১ ॥ অদুগুম্বা খুন্দা চংপা, মতুদা অসিংগুম্বা মচৎসিনা ওই। মফম অমত্তদা হায়বর্দনি, অমুক হন্না মতুবু হায়-ববোই ॥ ১১৭ ॥ অসিগুম্বা খুন্দা বেদ হৈববা ব্রাহ্মন মচা কুর্ম্ম কৌবনা। য'ন' থাজবা ভক্তিনা প্রভুগী নিমন্ত্রনবু তৌভবে ॥ ১১০ ॥ ময়ূমদা পুবক্তুনা প্রভুগী শ্রীচরণবু সে'তোকপবু ''বে। অদুগুম্বা ঈশিংদা শাগৈগা লোয়ননা থকচবে ॥ ১১৯ ॥ মু শিজরবা অয়াম্বা মথলগী বিক্ষাবু তৌহল্লে। শ্রীচৈতন্যগোসাঞিগী অবেম্বা প্রসাদিবু মাগী সাগৈশিংগা ফংমিন্নবে ॥ ১২০ ॥ নংগী অসিগুম্বা পাদ পদ্মবু ব্রহ্মানা ধ্যানবু তৌবিবনি। অসিগুম্বা পাদ পদ্মনা সংসংনা ঐগী ইযূমদা লেংলকলে ॥ ১২১ ॥ ঐগী লাইবক ফবগী ওমথৈবু হায়বদা ওমলরোই। ওসি ঐগী মপোক শাগৈ ইরনবু থাগৎনরবনি ॥ ১২২ ॥ প্রভূ! ঐভোন্দা থৌজানবিয়ু নংগী থৌগন্দা চৎচগে। সংসারগী কর্ম্মগী ইচেন্দা অরাববু থাঙ্গদবদা ওমলরোই ॥ ১২৩ ॥ প্রভুনা হায়—অদুগুম্বা রাবু করিগুম্বদা হায়গনু। য়ুমদা ফমতুনা কৃষ্ণগী নাম্বু অতৎপা লৈভনা লৌও ॥ ১২৪ ॥ মী — মভোন্দা উবদা কৃষ্ণবু তাকপবু তৌও। ঐগী য়াথংদগী নংনা গুরু ওইতুনা অসিগুমবা দেশসি লানবিরো ॥ ১২৫ ॥ মভোন্দা সংসারগী কর্ম্মগী ইচেন্না করি-গুম্বদা অপানবা ওইরোই। অমুক হন্না মকমসিদা ঐগা লোয়নতুনা ফংনগনি ॥ ১২৬ ॥ মতৌ অসুমনা মাগী ময়ুমদা প্রভুনা ভিক্ষা তৌবদা। মভোন্দা হায়ব' অদুমনা মীতুদা অসিগুমনা তম্বীহল্লি ॥ ১২ লম্বীদা চৎপদা দেবালয়দা লৈবদা অদুগুম্বা খুন্দা মাগী ময়ুমদা ভিক্ষা তৌবা, মফম অনি মরি-সিদা ॥ ১২৮ ॥ অদুম্না কুর্ম্মগী মচৎসি—অদুগুম্বা মফম পুং মক্তা তৌই। নীলাচলদা অমুক হন্না শ্রীচৈতন্যগোসাঞিনা লেংলক্তিবা অদুপকী মথৈনি ॥ ১২৯ ॥ মরম অদুদগী মসিদা সন্তোক্না তৌ-দুনা হায়ববনি। মতৌ অসুম্না প্রভুগী পুন্নমক্তা মচৎাস ওইরবনি ॥ ১৩০ ॥ মতৌ অসুম্না অহিংসি মফম অদুদা প্রভুনা লৈরে। নোংভানবা মতমদা স্নানবু তৌবগা প্রভুনা লেংলকলে ॥ ১৩১ ॥ প্রভুগী তুংইন্না থিন্দোকলকপদা কুর্ম্মনা য়ামনা লাপনা চংলকলে। প্রভূনা মভোন্দা চেকশিন্না তৌতুনা ময়ূমদা থাবকলে ॥ ১৩২ ॥ পুকফবা বাসুদেব কৌবা ব্রাহ্মণ মচা অমা লৈরম্ব। মতু মশা পুম্বা কুষ্ঠিনা শিনবা থু লে, চংবা তীনমক্তা মভাইরে ॥ ১৩৩ ॥ মশাদগী অদুগুম্বা তীন্না নাম্থতুনা লৈবাক্তা তারবদা অদুগুম্বা তীল অদুবু লৌথতুনা মাগী মফমদা অমুক হাপচিল্লি ॥ ১৩৪ ॥ শ্রীচৈতন্যগোসাঞিনা লেংলকপসি অহিংদা তারতুনা মানা। নোংভানবদা য়েংগদবগীদমক্তা কুর্ম্ম ব্রাহ্মণগী ময়ুমদা লাকচরে ॥ ১৩৫ ॥ প্রভুনা লেংথিবসি কুর্ম্মগী মচিন্দগী মানা তারতুনা। অরাবদা রাম্থতুনা লৈবাক্তা তাতুনা—ওল্লকলে ॥ ১৩৬ ॥ অয়াম্বা মথন্দা পংভাংতা ভাংতুনা কপলকলে। অদুগুম্বা মতমদা লাকতুনা প্রভুনা মভোন্দা কোনবিরে ॥ ১৩৭ ॥ প্রভুনা শোকপদা—

অরাবগা লোয়নহুনা কুষ্ঠীদো লাপনা চংথরে। মুংঙাইবগ' লোয়নহুনা মশাদো ফজবা ওইরে ॥১৩৮ প্রভূগী থৌজান্দা উবদা মাগী পুক্লংনা ডকথরে। শ্লোকপু থিহুনা চরন্দা কোন্দুনা হায়জববু তৌরকলে ॥১৩৯॥

৩, শ্লোক্কী আঃ ১৭।৬ শুবা শ্লোক্তা যেংউ

য়ামনা হরাওজহুনা লৈশি লৈথোন্দুনা হায়, তাবিয়ু দয়াময়ব। জীবদা অসিগুম্বা গুণসি ওইদে— নঙোন্দদা ওইবনি॥ ১৪০ ॥ ঐবু উবদা ঐগী নমথিবদা চংযোকনরবা পাপচেনবনি। অসিগুম্বা ঐঙোন্দা শোকপীবসে নংন' ননিং তম্বা ঈশ্বর ওইবনি ॥১৪১॥ তৌইগুম্বস্নং অফবা ওইনা লৈবম্বদগী অতোনববু ওইহল্লে। হৌজিক্তি লেংলকতুনা ঐগী নাপলবু পোকহনবিরে ॥১৪২॥ প্রভুনা হায়, কবিগুম্বদা নংগী নাপনবু ওইরকলোই। নংনা অতংপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শাল্লো ॥ ১৪৩ ॥ শ্রীকৃষ্ণবু তাকউ জীবশিংবু লান্বীয়ু। থিনবা লৈতনা নংবু শ্রীকৃষ্ণনা লৌশিনবীরকনি ॥ ১৪৪ ॥ অস্নুক্ ওইবসিবু হায়রমলগা প্রভুনা উহন্দনা চংথরে। প্রভুগী মগুন্দা ব্রাহ্মণ অনীনা কোম্নহুনা কপমিল্লরে ॥১৪৫॥ বাসুদেব লান্বীবা অসিগুম্বা ৱাবিবু হাযববনি। প্রভুগী মিংবু বাসুদেবামৃতপদ হায়না কৌগরে ॥১৪৬॥ অহানবদা দক্ষিন্দা চংপা অসিগুম্বা লীলাবু হায়রবনি। কুর্ম্মভগবানবু য়েংবা বাসুদেববু থোইদোক্না লানবীবা ॥১৪৭॥ অসিগুম্বা লীলাবু থাজনা মী অহুনা তারবদা। মঙোন্দা শ্রীচৈতন্যগী চরন্না থিনবা লৈতনা তীল্লগনি ॥১৪৮ শ্রীচৈতন্যনা শান্নবা লীলাগী অংহোবা অবোমবা থংদে। অহুগুম্বা মতিক চাওবৰশিংগী মচিন্দগী তংবা মহুতা ইজবনি ॥১৪৯॥ মসিদা ঐগী অপরাধবু ভক্তশিংনা লৌবীগনু। নখোয পুম্নমককী চরন্দা ঐগী অনি নোংদনা চংজরি ॥১৫০॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্য চরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জে ॥১৫১॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা দক্ষিণ চংলকপদা বাসুদেববু লান্বীবা হায়বা তরেৎশুবা পরিচ্ছেদনি।

# অষ্টম পরিচ্ছেদ

সঞ্চার্য্য রামাভিধভক্তমেঘে স্বভক্তিসিদ্ধান্তচয়ামৃতানি।
গৌরাব্ধিরেতৈরমুনা বিতীর্ণৈস্তজ্‌জ্ঞত্বরত্নালয়তাং প্রয়াতি ॥১॥

তথাহি—শ্রীমদ্‌ভাগবতে ৭ স্কঃ ৯ অং ১ শ্লোকস্য শ্রীধরস্বামিকৃতব্যাখ্যায়াং ধৃতাগম·।

তেগোঽপ্যনুগ্র এবায়ং স্বভক্তানাং নৃকেশরী। কেশরীব স্বপোতানামন্যেষামুগ্রবিক্রমঃ ॥২॥

---

**অন্বয়ঃ**।- গৌরাব্ধিঃ— গৌরাঙ্গ সমুদ্রনা, রামাভিধভক্তমেঘে— রামানন্দ কৌবা ভক্ত নোংদা, স্বভক্তি-সিদ্ধান্তচয়ামৃতানি—মাগী ভক্তি সিদ্ধান্ত অমৃতগী মপৈবু, সঞ্চার্য্য— পীহ্নুনা, অমুনা - রামানন্দনা, বিতীর্ণৈঃ—চুথরক্লবা, এতৈঃ—ভক্তিসিদ্ধান্ত অমৃতশিংনা, তজ্‌জ্ঞত্ব-রত্নালয়তাং—মহাকপু থংবা মতৌদো সমুদ্রনা, প্রয়াতি—ফংই। ইতি ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—অন্যেষাং—অতৈপ্পশিংগী মরিদা, উগ্রবিক্রম—অকিবগী পাঙ্গল ওইহ্নুনস্থু, স্বপোতানাং—মচাশিংগী মরিদদি, অনুগ্র—অকনবা পুথোক্তনা অয়িংবা ওইবা, কেশরীইব - নোংশাগুমনা, অয়ং — অসিগুম্বা, নৃকেশরী—শ্রীনৃসিংহদেবনা, উগ্রঃঅপি—অকিবগী মশক ওইহ্নুনস্থু, স্বভক্তানাং— মনাইশিংগী মরিদা, অনুগ্রএব—অকনবা পুথোক্তে, থৌজাম্ভগী মশক ওই। ইতি ॥২॥

---

**অনুবাদঃ**।— শ্রীগৌরাঙ্গসমুদ্রনা রামানন্দ কৌবা ভক্তগী মশক নোংদা, মাগী ভক্তি সিদ্ধান্তগী মশক। অমৃতগী মপৈবু পীহ্নুনা, অদুগুম্বা রামানন্দনা চুথরক্লবা ভক্তি সিদ্ধান্ত অমৃতশিংনা মহাকপু থংবা মতৌদো সমুদ্রনা ফংই। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হয়া হয়া থুরুমজে, শ্রীনিত্যানন্দবু থুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতবু থুরুমজে গৌরভক্তশিংগী— মপৈবু থুরুমজে ॥ ১ ॥ হায়গী মচত্তা প্রভুনা মাংদা চৎলকপদা। মুমিৎ কয়ানিদা চৎলগা জিয়ড নৃসিংহ ক্ষেত্রদা ॥২॥ শ্রীনৃসিংহবু য়েংহ্নুনা দণ্ডবৎ তানা থুরুম্বদা। প্রেমদা পুকনিং চংববু তৌহ্নুনা য়ামনা জগোই, ঈশৈনা হায়জে ॥৩॥ শ্রীনৃসিংহবু থুরুমজে শ্রীনৃসিংহবু ঐনা থুরুমজে। প্রহ্লাদগী মবুংভো শ্রীলক্ষ্মীগী মাইথোং থম্বালগী থোইমুবু থুরুমজে ॥৪

**অনুবাদঃ**।—অতোপপশিংগী মরিদা অকিবগী পাঙ্গল ওইহ্নুনস্থু, মচাশিংগী মরিদদি অকনবা পুথোকতে। অয়িংবা ওইবা নোংশাগুমনা, অসিগুম্বা শ্রীনৃসিংহদেবনা, অকিবগী মশক ওইহ্নুনস্থু মনাইশিংগী মরিদা অকিবা পুথোক্তে থৌজাম্ভগী মশক ওইরি। ইতি ॥২॥

মতৌ অস্মুমনা অয়াম্বা শ্লোকপু খীহ্নুনা লৈমি লৈথোক্লি, হায়জে। শ্রীনৃসিংদগী মনাইনা লৈগী পরেং, প্রসাদীবু পুরক্লুনা পীরমে ॥ ৫ ॥ হায়গুম্বা কনাগুম্বা ব্রাহ্মণা প্রভুবু নিমন্ত্রণ কৎলে। ব্রাহ্মণগীদা লেংলগা অহিং অসি লৈরগা ॥৬॥ নোংজানবদা হৌগৎতুনা প্রভুনা প্রেমদা চংহ্নুনা চৎলকলে। মাইকৈনি মাইকৈ নত্তে অমস্নুং অহিং মুংথিনবুস্থু থংথিদরে ॥৭॥ হায়গুম্বা অয়াম্বা মীশিংদা নাম

পীডুনা বৈষ্ণব ওইহল্লি। গোদাবরীগী মপান্দা হুমিৎ কয়ানিদা লাকতুনা চৎলরে ॥৮॥ গোদাবরী উবদা যমুনাবু নিংশিংবা ওইখ্রে। মপান্দা লৈবা বনবু উরগা শ্রীবৃন্দাবনবু নিংশিংই ॥ ৯ ॥ অদুগুম্বা বনদা মিকুপ কয়ামরুমবু ঈশৈ শকজগোই শাডুনা লৈ প্রভুনা গোদাববীবু রাংমা লাম্খোক্তুনা মহুদা স্নানবু তৌরে ॥১০॥ ঘাটপূ থা দোক্তুনা থরা লাপপা ঈশিংগী য়ামনা নকপদা। শ্রীকৃষ্ণগী নামবু থরাই য়াওনা শোন্দুন ফমতুনা লৈ ॥১১॥ মতম অদুদা দোলায়দা তোংতুনা বামানন্দবায়না। পুং সেন য়ৈতুনা ইকজগদবগীদমক্তা লাকলে ॥ ১২ ॥ মাগা লোয়নবা অযাম্বা বেদ খংবা ব্রাহ্মণশিংসু লাকলি। বামানন্দনা রায়েন কায়দনা স্নান-তর্পনবুসু তৌই ॥ ১৩ ॥ উবদা প্রভুনা মডোন্দা মসিনা বামানন্দনি থংলে। মডোন্দা প্রভুগী পুকনিংনা হৌগতুনা চৎসনথরে ॥১৪। অদুমমকপু হম্মতুনা তপথবগা প্রভুনা ফমতুনা লৈখরে। রামানন্দনা লাকতুনা ওইথোকতবা সন্ন্যাসবু য়েংবদা ॥১৫॥ হুমিৎ চামগা মান্নবা মঙাল্লি, ফিনা গেরুয়া মচুনি। মপুম মরা মান্নবা থোইদোকপা হকচাংনি মিৎনা থম্বালনি ॥১৬ উরতুনা মহাককী পুকনিংদা অঙকপা অমা ওইখ্রতুনা। লাকতুনা দণ্ডবৎ তৌনা খুকস্তবু তৌবদি ॥১৭॥ প্রভুনা হৌগৎতুনা হৌগৎলগা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দু হায়রগা। মডোন্দা কোনগদবদা প্রভুগী—খঙোইদা থোইরাংই ॥ ১৮ ॥ অদুমনা ওইতুনপ্রভুপু নংবু রামানন্দরায়বা হংলকপদা। মানা খুমজে—অদুগুম্বা শুদ্ধ ফত্রবা ননাই রামানন্দনি ॥১৯॥ মতম অদুদা প্রভুনা মডোন্দা চেৎনা কোনববু তৌখিরে। প্রেমদা চংলবা মপুমনাই অনিদা জ্ঞান তাখিদরে। ২০॥ মহৌশাগী মুংশিবনা অনিমক থোয়ন্নতুনা। অনিদা অনিনা কোন্নতুনা লৈবাক্তা তাথরে ॥২১॥ মুম্বীগুম্বা, হুমাংশোবা, পি-তাবা, তু-জুংবা নিকপা, কুচু ওনবা। ২গী চিন্দা হিক হিক লাওনা কৃষ্ণবু শোনবা তাই ॥২২। য়েংতুনা ব্রাহ্মণশিংগী অঙকপা ওইখ্রে। বেদ হৈববা ব্রাহ্মণ পুন্নমকনা রাখলবু তৌরকই ॥২৩॥ উবদা অসিগুম্বা সন্ন্যাসগী মঙান্না ব্রহ্মগা মান্নে। শুদ্রবু কোল্লগা কৰিগী কপ্পবু তৌবিবা ॥২৪। বামানন্দ অসিনা সুক্রবা মহাপণ্ডিতনি। সন্ন্যাসগী শোকপদা ময়াই কাবতুনা তপখিদবে ॥২৫॥ মতৌ অখুননা ব্রাহ্মণশিংনা পুকনিংদা মওন ২ খল্লি। রাখল তোপপা মীশিংবু উবদা প্রভুনা হঞ্জনববু তৌখবে ॥২৬॥ তপখবা ওইতুনা অনমকনা অদুগুম্বা মফমদ ফমলে। অদুগী মতুংদা নোকতুনা মহাপ্রভুনা হায়বা হৌবক্রে ॥২৭॥ নংগী নগুণবু সার্বভৌমভট্টাচার্যানা হাযবকই। ঐডোন্দা নংগা তিন্নগদবদা চেকশিলহল্লকই ॥২৮॥ নংবু তিন্নগ হায়তুনা মফমসিদা ঐনা লাকপনি। ফবেদা অরাবা লৈতনা উন্নববু ফংলবে ॥ ২৯ ॥ বামানন্দনা হায—সার্বভৌমবু ইনাইনি খনবিতুনা। মতুংদসু ঐগী ফনবদা মতোন লোম্না পুকনিংবু চংবিয় ॥ ৩০ ॥ মাগী থৌজান্দগী নংগী শ্রীচরনবু দর্শন ফংজবনি। ঙসিতা ঐগী মীগী মপোকপু মহৈ য়ানবা ওইরে ॥৩১॥ সার্বভৌমদা নংগী থৌজানবীবগী মাগী খুদমদি অসিনি।—শোকফদবদা শোকপীরে মাগী প্রেমগী মথা পোনতুনা ॥ ৩২ ॥ কদাইদগী নংনা সংসংবা ঈশ্বর—নারায়ন্নি। কদাইদগী ঐনা নিংথৌগী সেবা তৌবা বিষয় শুদ্র অতোনবনি ॥৩৩॥ ঐবু শোকপদা হঙোইবা বেদ কিবা তৌরবরা। ঐগী—য়েংবিবদা নংনা বেদবু ককথংলে ॥ ৩৪ ॥ নংগী থৌজানগীদমক্তা নংমকনা অকাইবা থবকপু তৌথরে। সংসংবা ঈশ্বর নংনি নংগী অচেৎপাসু—

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৮ম অধ্যায়ে ২য় শ্লোকে গর্গং প্রতি নন্দবাক্যম্ ।৩॥

**মহদ্বিচলনং নৃণাং গৃহিণাং দীনচেতসাম্। নিঃশ্রেয়সায় ভগবন্ কল্পতে নান্যথা কচিৎ ॥৩॥**

**অন্বয়ঃ** ।—ভগবন্—হে ভগবন্, গৃহিণাং—য়ুমপানবা, দীনচেতসাং—পুক ফত্তবা, নৃণাং—মীশিংগী নিঃশ্রেয়সায়—ফনবগীদমক্তা, মহদ্বিচলনং—মতিক চাওবশিংনা কোয়না লেংবিরিবনি, ক্বচিৎ—করিগুম্ব-দসু, অন্যথা—তোপ্পা মশক অমগীবু, নকল্পতে শেমদে। ইতি ॥৩॥

(অথুপপবু) কনানা থংদে ॥৩৫॥ ঐবু লানবিন-বগীদমক্তা নংগী মফমসিদা লাকপনি। থোইদোক্লা খোজালহৈবনি নংনা লৈখ: তারববু লানবীবনি ॥৩৬॥ মতিক চাওবশিংগী মহৌশাগী পুকচেল্লা মসিনি, পাপচেনববু লানবিবদা। মশা মাগী থবক লৈতবা অদুমকপু মীগী মযুমদা লেংবিদুনা লানবিরিবনি ॥৩৭॥

**অনুবাদঃ**।— শ্রীনন্দনা গর্গদা— হে ভগবন্! য়ুমপানবা, পুক ফত্তবা মীশিংগী ফনবগীদমক্তা মতিক চাওবশিংনা কোয়না লেংবিরিবনি। কবি-গুম্বদসু অতোপপা মশক অমগীবু শেমদে। ইতি ॥ ৩॥

ঐগা লোয়নরিবা ব্রাহ্মণচিংবা মী লিশিং অমনি। নংগী দর্শনদা ময়ামগী পুকনিংবু অপেৎপা ওইখ্রে ॥৩৮॥ পুম্নমককী মচিন্দা 'কৃষ্ণ কৃষ্ণ' নামবু শোনবা তারে। পুম্নমককী হকচাংদা তু-চুংলে, মিত্তা পি শিন্থরে ॥ ৩৯ ॥ নংগী নশক্তা নতোৌদা শ্রীকৃষ্ণনি থংহল্লি। অসিগুম্বা চম্‌দবা গুণসিংদি জীবদা ওই-কদে ॥৪০॥ প্রভুনা হায়—নংনা অথোইবদগী থোই-দোকপা বৈষ্ণবনি। নংবু উবদা— পুম্নমককী পুকনিংনা পেৎপা ওইবনি ॥৪১॥ অতোপ্পগী কবি হায়রুনি, ঐদি চুমদবা ভাংবা সন্ন্যাসনি। ঐ-মকনু নংগা শোৗরবদা কৃষ্ণগী প্রেমদা ভাওথরে ॥৪২॥ অদি নংনা ঐগী কারণা থথোইবু শেংনবদা সার্বভৌমনা নতোপ্পা [illegible] হায়রকপনি ॥৪৩॥ মহৌ অনুমনা অনিবতা অতিগী গুণবু লৈচি-

লৈখোৗয়ে। অনিনা উন্নবদা অনিগী পুকনিংনা নুংঙাইবা ওইরে ॥৪৪॥ মতমতুদা বৈদিক ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব অমথক্লা। দণ্ডবৎ তৌদুনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌজরে ।।৪৫ ॥ মাবু বৈষ্ণবনি খংদুনা নিমন্ত্রণবু লৌবিবে। রামানন্দদা প্রভুনা থিত্তুং নোকতুনা হায়রকই ॥৪৬॥ নংগী চিন্দগী কৃষ্ণগী নাবু তাবদা পুকনিংনা পাম্বা ওইরি। অদুমনা নংগা উন্নবা অমুক হন্না ফংনিংই ॥৪৭। রামানন্দনা হায়— পাপ-চেনবা শেংবিগদবগীদমক্তা লাকলবা মতমসিদা। উজ্জবতদা ঐগী পুক্লিংনা ফৎমন্দবনা শেংবা ওইদ্রে ॥৪৮॥ নুমিৎ মগানি, তারৎনি লৈরগা শেংদোক-পিববু তৌবিয়ু। মতম অদুদা ঐগী ফত্তবা পুক্লিং অসিনা শেংবা ওইগনি ।।৪৯।। তৌইগুম্বসুং কায়-নবদো অনিগী থাংনবদা ভমনদে। অদুমকপু দণ্ডবৎ তৌরগা রামানন্দনা চৎথরে ॥ ৫০ ॥ প্রভুনা চৎতুনা অদুগুম্বা ব্রাহ্মণগী মযুমদা প্রসাদীবু ফংখি। অনী ফংননিংবনা নুমিৎ তাবদা লেংলক্তুনা গোদাবরীদা ॥৫১॥ প্রভুনা তৌগদবা অমসুং স্নানবু তৌরগা— ফমদুনা লৈরে। প্রভুগী থৌগনগদবদা মনাই অমা ওইবা রায়না লাকতুনা তিন্নরে ॥৫২॥ রামানন্দনা গুরুম্নী, প্রভুনা থুম্নবা শক্তিবু হাপতুনা রায়দা কোনথিরে। অচিকপদা ফম্নিমতুনা মপু মনাই অমক্তা য়াবু ভাংনৈ ॥৫৩॥ প্রভুনা হায় ফংগদবা মশকপু লেপলগা শ্লোকপু থীয়ু। রামানন্দনা হায়— মাগী চৎনবা আশ্রমধর্মদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিনি ॥ ৫৪ ॥ (মীগুম্নমা চৎনবা আশ্রম ধর্মনি, মহুদিঃ—

তথাহি—বিষ্ণুপুরাণে ৩।৮।৯।

**বর্ণাশ্রমাচারবতাপুরুষেণ পরঃ পুমান্। বিষ্ণুরারাধ্যতে পন্থা নান্যস্তত্তোষকারণং ॥৪॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবদগীতায়াং ৯ অং ২৭ শ্লোকে অর্জুনং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

**যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ। যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎ কুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥৫॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ১১ অধ্যায়ে ৩২ শ্লোকে উদ্ধবং প্রতি শ্রীভগবদ্বাক্যম্।

**আজ্ঞায়ৈবং গুণান্ দোষান্ময়া দিষ্টানপি স্বকান্। ধর্ম্মান্ সংত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ ॥৬॥**

---

**অন্বয়ঃ।**—বর্ণাশ্রমা চারবতা (ব্রহ্মচারী গৃহস্থ বানপ্রস্থ ভিক্ষুক)- আশ্রম ধর্ম্মবু খংনা চৎপা, পুরুষেণ—মী অদুনা, পরঃপুমান্—অখোইবা ঈশ্বর ওইবা, বিষ্ণুঃ— শ্রীকৃষ্ণবু, আরাধ্যতে— নিংবা ওইয়ে, অন্যঃ—মসি নত্তবা, পন্থা—লম্বেন্না, তত্তোষকারনম্ - শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা, ন—ওইদে। ইতি ॥ ৪ ॥

**অন্বয়ঃ**—হে কৌন্তেয়— হ অর্জুন, যৎ—মদুবু, করোসি—নংনা তৌবা, যৎ—অদুগুম্বা, জুহোসি—নংনা হোম পিবা, যৎ—মদুবু, অশ্নাসি— নংনা চাবা, যৎ—মদুবু, দদাসি— নংনা দান তৌবা, যৎ—অদুম্বা, তপস্যসি— নংনা নিংবা, তৎ—মদু খিবিকপু, মদর্পনং— ঐগী ভান্দা কৎপবু, কুরুষ্ব - তৌও। ইতি ॥৫॥

**অন্বয়ঃ।**—গুণান্ - তৌবগী মগুণশিংবু, দোষান্—তৌদবগী অকাযবশিংবু, আজ্ঞায়—থংলগা, ময়া—ঐনা, আদিষ্টান্—নখোয়গীদমক্তা পিবা, অপি—অমসুং, স্বকান্—মা মাগী ওইবা, সর্ব্বান্—অয়াম্বা, ধর্ম্মান্—আশ্রম ধর্ম্মশিংবু. সংত্যজ্য—চংশোন্না থাদোক্লগা, যঃ - মানা, মাং—ঐবু, ভজেৎ— নিংগবা ওই. চ—হন্না, স - মদুনা. এবং—অসুমনা, সত্তমঃ -অখোইবনি। ইতি ॥৬॥

---

অহানবদা ব্রহ্মচরি, অনিশুবদা য়ুম্বানবা, ৩ শুবদা অহনওইবা, মরিস্সুবদা শোল্লদুনা নিবগা শিবা অসিনি। মরি অসিবু মশক খংনা চৎপবু আশ্রম ধর্ম্ম চৎপনি)।

**অনুবাদঃ।**— বর্ণাশ্রম ধর্ম্ম ব্রহ্মচারি—অপাম হুংশি খংদ্রিবগী অঙাংগী মচৎনি, গৃহস্থ সংসারগী অপাম হুংশি খংলকপা মখোং কারকপা নহা-ওইবনি, বাণপ্রস্থ — অহন ওইবগী (হল্লকপা) পুক্চেনবুনি, ভিক্ষুক—হন্নদুনা করিস্সু ওমদদুনা নিরগা শিববুনি, মরি অসিনি, হায়রিবা আশ্রমবু কাইদনা চৎলবা মীদুনা অখোইবা ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংবা ভক্তি ওইয়ে। মসি নত্তবা লম্বী অমানা শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা ওইদে। ইতি ॥ ৪ ॥

প্রভুনা হায় মদু মপালনি, অহেনবা মন্নুংচনবা অমা হায়য়ু। রামানন্দনা হায় শ্রীকৃষ্ণদা তৌবা মথৈবু কৎপনা সধ্যগী মচিনি ॥ ৫৫ ॥

**অনুবাদঃ।** শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হে কৌন্তেয়! মদুবু নংনা তৌবা, অদুগুম্বা নংনা যজ্ঞ তৌবা, মদুবু নংনা চাবা, নংনা মদুবু দান তৌবা, অদুগুম্ববু নংনা নিংবা, মদু খিবিকপু নংনা ঐগী ভান্দা কৎপবু তৌও। ইতি ॥ ৫ ॥

প্রভুনা হায়, মদু মপালনি অহেনবা মন্নুংচনবা অমা হায়য়ু। রায়না হায়, আশ্রম ধর্ম্মবু থাদোকপা মশিনা ফংনবগী মচিনি ॥ ৫৬ ॥

**অনুবাদঃ।**— শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা— হে উদ্ধব! ঐনা নখোয়গীদমকতা পিবা আশ্রম ধর্ম্মশিংবু

তথাহি – শ্রীভগবদ্গীতায়াং ১৮ অধ্যায়ে ৬৬ শ্লোকে অর্জ্জুনং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্ ।

**সর্ব্বধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ । অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ।।৭।।**

তথাহি – শ্রীভগবদ্গীতায়াং অষ্টাদশাধ্যায়ে চতুঃপঞ্চাশত্তমশ্লোকে অর্জ্জুনং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবচনম্ ।

**ব্রহ্মভূতঃ প্রসন্নাত্মা ন কাঙ্ক্ষতি । সমঃ সর্ব্বেষু ভূতেষু মদ্ভক্তিং লভতে পরাম্ ।।৮।।**

তথাহি – শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ১৪ অধ্যায়ে ৩ শ্লোকে শ্রীভগবন্তং প্রতি ব্রহ্মবচনম্ ।

**জ্ঞানে প্রয়াসমুদপাস্য নমন্ত এব জীবন্তি সন্মুখরিতাং ভবদীয় বার্ত্তাম্ ।**
**স্থানেস্থিতাঃ শ্রুতিগতাং তনুবাঙ্মনোভির্যে প্রায়শোঽজিত জিতোঽপ্যসি তৈস্ত্রিলোক্যাম্ ।।৯।।**

---

**অন্বয়ঃ** —সর্ব্বধর্ম্মান্ – আশ্রম ধর্ম্মশিংবু, পরিত্যজ্য—চংথোম্না থাদোক্লগা, একং—অমত্তা ভাইবা, মাং—ঐবু, শরণ ব্রজ—চংজারবা, অহং—ঐনা, ত্বাং—নংবু, সর্ব্বপাপেভ্যঃ— পাপ পুম্নমক্কী, মোক্ষয়িষ্যামি –কোকপিগনি, মাশুচ— ৱাকগনু । ইতি। ৭।।

**অন্বয়ঃ** ।—ব্রহ্মভূতঃ – ঈশ্বরগী মশক চংথোম্না ফংবা, প্রসন্নাত্মা— মশাদো লুব্বা, ন শোচতি — হুংনাংদ্রবা, ন কাঙ্ক্ষতি—পামগন্দ্রবা, সর্ব্বেষুভূতেষু—অয়াম্বা থৱাই পানবশিংদা, সমঃ— মান্নবনা, পাম্—অথোইবী, মং— ঐগী, ভক্তি—ভক্তিবু, লভতে— ফংগদবা ওই । ইতি ।।৮।।

**অন্বয়ঃ** ।—হে অজিত—ভম্বিনবা লৈত্রবা হে কৃষ্ণ, জ্ঞানে—মশাগী তোংজনবা থনবা অমস্মুং নিংববু, প্রয়াসং—মতুগী থৌবাবু, উদপাস্য—থাদোক্তুনা, স্থানেস্থিতাঃ—মাগী মাগী মফমদা লৈহনা, সন্মুখরিতাং – সাধুশিংনা শরু-শোন্নবিবা, শ্রুতিগতাং—নাকোংদা তাকরবা, ভবদীয়বার্ত্তাং – নংগী নাম অমস্মুং মন্ত্র-গায়ত্রীবু, তনুবাঙ্মনোভিঃ – হকচাং, যাথং, পুৱিংনা, নমন্তএব— খুরুমলগ লৌহনা, যে—মথোয়না, জীবন্তি – হিংবা, ত্রিলোক্যম্– ম'বাল অহুমদা, তৈঃ— মথোয়না, প্রয়াশঃ— চংথোম্না, জিতঃঅসিঅপি —অমস্মুং নংবু ভমই । ইতি ।।৯।।

---

কায়দনা তৌবগী মগুণশিংবু অমস্মুং তৌদবগী অকাষবাশিংবু লোইনা থংলগা, মা মাগী ওইবা অয়াম্বা ধর্ম্মশিংবু চংথোম্না থাদোক্লগা মানা ঐবু নিংগদবা ওই । অমস্মুং মতুনা অস্নুম্না তৌরবদি অথোইবনি । ইতি ॥ ৬ ॥

**অনুবাদঃ** — শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা হে ইতাও । অয়াম্বা আশ্রম ধর্ম্মশিংবু চংথোম্না থাদোকলগা অমত্তাভাইবা ঐবু চংজরো । ঐনা নংবু পাপ পুম্ন-মক্কী কোকপিগনি নংনা ৱাকগনু । ইতি ॥ ৭ ॥

প্রভুনা হায় মতু মপালনি অহেনব মস্নুংচনবা অমা হায়স্ম । বায়না হায়—মশাগীসু শ্রীকৃষ্ণগীসু তোং-শিনবা ভক্তিনা ফংগদবগী মচিনি ॥ ৫৭ ॥

**অনুবাদঃ**।— শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা ঈশ্বরগী মশকপু চংথোম্না ফংলবা মথৱাইদো লুরবাসুং নাংদ্রবা পাম-গন্দ্রবা, অয়াম্বা থৱাই পানবশিংদা মান্নবনা, থন-বনা, অথোইবী ঐগী ভক্তিবু ফংগদবা ওই । ইতি ॥ ৮ ॥ প্রভুনা হায় মতু মপালনি অহেনবা মস্নুং-চনবা অমা হায়য়ু । বায়না হায় মশা মহাক্কী য়াও-দনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিনা সাধ্যগী মচিনি । মশাগী তোংজবা থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবি-নবা নিংবনা । ফংগবগী মচিনি শুদ্ধ ভক্তিনি—মতুদি হরিনাম অমস্মুং দীক্ষামন্ত্র গায়ত্রীনি । ৫৮ ॥

**অনুবাদঃ**।—ব্রহ্মানা শ্রীকৃষ্ণদা—ভম্বিনবা লৈ-ত্রবা হে কৃষ্ণ । মশাগী তোংজনবা থলবা, নিংবনু

তথাহি—পদ্যাবল্যাম্ একাদশাঙ্কধৃত রামানন্দরায়কৃত শ্লোকঃ।

নানোপচারকৃতপূজনমার্ত্তবন্ধোঃ প্রেম্নৈব ভক্তহৃদয়ং সুখবিদ্রুতং স্যাৎ।
যাবৎ ক্ষুদস্তি জঠরে জরঠা পিপাসা তাবৎ সুখায় ভবতোনন্বু ভক্ষ্যপেয়ে ॥১০॥

তথাহি—তত্রৈব দ্বাদশাঙ্কধৃত স্বস্যৈব শ্লোকঃ।

কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা মতিঃ ক্রীয়তাং যদি কুতোঽপি লভ্যতে।
তত্র লৌল্যমপি মূল্যমেকলং জন্মকোটিসুকৃতৈর্ন লভ্যতে ॥১১॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে নবম স্কন্ধে পঞ্চমাধ্যাযে একাদশশ্লোকে অম্বরীষং প্রতি দুর্ব্বাসো বচনম্।

যন্নামশ্রুতিমাত্রেণ পুমান্ ভবতি নির্ম্মলঃ। তস্য তীর্থপদঃ কিম্বা দাসানামবশিষ্যতে ॥১২॥

---

**অন্বযঃ**।- নন্থু ভক্ত—হে ভক্ত, আর্ত্তবন্ধোঃ শ্রীকৃষ্ণগী, হৃদয়ং - থমোইনা, প্রেম্না— মুংশিবগা লোয়নমা, নানোপচাবকৃত পূজনং— মথল মথা অযাম্বা পোৎলমগী মশরা পূজা তৌবদো, সুখবিদ্রুতং —মুংঙাইবনা পেনবা, স্যাৎ—ওই, যাবৎ—অত্নপকী মথৈ, জঠবে—পুক্তা, জরঠা—অকনবা, ক্ষুৎ—থৌরাংবনা, পিপাসা—অবাম্বনা, অস্তি—লৈবা, তাবং অত্নপকী মথৈ, ভক্ষ্যপেযে—চাক, ঈশিংবু ফংবদা চাবাথকপদা মত্নতনা, সুখায়—মুংঙাইবগীদমক্তা, ভবতঃ ওইবগুম্বনি। ইতি ॥১০॥

**অন্বয়ঃ**।—যদি—মতম অত্নদা, কুতঃঅপি—করিগুম্বদগী ওইববস্থ, লফ্যতে ফংলবদি, তদা—মত্ন ওইরবদা, কৃষ্ণভক্তিরসভাবিতা—শ্রীকৃষ্ণভক্তিগী অপেনবনা তিনবা, মতিঃ - পুকনিংবু, ক্রীয়তাং— লৈযু। তত্র—মত্ন লৈবদা, লৌল্যং —চেৎনা পাম্বনা, অপি— অরেপপা, একলং— মতোমতনা, মুল্যং— মমলনি, জন্মকোটি সুকৃতৈঃ—মপোক কোটিগী পুণ্য খিবিকনা, ন লভ্যতে—ফংদে। ইতি ॥১১॥

**অন্বয়ঃ**।—যন্নামশ্রুতিমাত্রেণ—মাগী হবিনামবু তাবতনা, পুমান্—জীবনা, নির্ম্মলঃ —অরুবনা, ভবতি—ওই, তস্য—তীর্থপদঃ—পাপনা শোক্তবা শ্রীকৃষ্ণগী, দাসানাং—মনাইশিংগী, কিংবা— কবিবু, অবশিষ্যতে—লেমহৌবা লৈবগে, পুম্নমক ফংলবনি। ইতি ॥১২॥

---

মত্নগী থৌরাংবু থাদোকতুনা মাগী মাগী মফমদা লৈত্নুনা সাধুশিংনা শরু শোন্নবিবা নাকোংনা তারুরবা নংগী হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র গায়ত্রীবু হকচাং, স্বাথং, পুকনিংনা লেপনা লৌজত্নুনা মথোয়না হিংবা অমস্থং মরোল অত্নমদা মথোয়না চংথোন্না নংবু ঙমই। ইতি ॥৯॥

প্রভুনা হায় মদো ওইরে হেঞ্জনবা অমতা হ য়থো। রায়না হায়—মুংশিবনা পেলহনবনা অযাম্বসিদগী ফংগদবগী এদিনি শাস্ত্রবু হায়বনি, শ্রীকৃষ্ণ মুংশিববু শান্ত কৌই ॥৫৯॥

**অনুবাদঃ**।— হে ভক্ত! থমোইনা মুংশিবগা লোয়নবা মথল মথা অযাম্বা পোৎশরা শ্রীকৃষ্ণ পূজা তৌবদো, শ্রীকৃষ্ণগী থমোইনা মুংঙাইবা —অপেনবা ওইরে। অত্নপকী মথৈ পুক্তা অকনবা থৌরাংবা অমস্থং অরাম্বা অত্নুনা লৈবা অত্নপকী মথৈ চানবা চাক, থক্নবা ঈশিংবু চাবা থকপনা মুংঙাইনবগীদমক ওইবগুম্বনি। ইতি ॥১০॥

**অনুবাদঃ**।— মতম অত্নদা করিগুম্বা সাধু সঙ্গদগী ওইরবস্থ ফংলবদি মত্ন ওইরবদা, শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম ভক্তিরসনা তিনবা পুকিংবু লৈয়ু। মত্ন লৈবদা চেৎনা পাম্বনা অরেপ্পা মতোমতনা মমলি মপোক কোটিগী পুণ্য খিবিক্না ফংদে। ইতি ॥১১॥

তথাহি—গোস্বামী পাদোক্তঃ শ্লোকঃ।

ভবন্তমেবানুচরন্নিরন্তরঃ প্রশান্তনিঃশেষমনোরথান্তরঃ।
কদাহমৈকান্তিকনিত্যকিঙ্করঃ প্রহর্ষয়িষ্যামি স নাথ জীবিতঃ॥১৩॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ দ্বাদশাধ্যায়ে দশম শ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শুকদেববাক্যম্।

ইত্থং সতাং ব্রহ্মসুখানুভূত্যা দাস্যং গতানাং পরদৈবতেন।
মায়াশ্রিতানাং নরদারকেণ সার্দ্ধং বিজহ্রুঃ কৃতপুণ্যপুঞ্জাঃ॥১৪॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮ম অধ্যায়ে ষট্‌ত্রিংশত্তম শ্লোকে শুকদেবং প্রতি পরীক্ষিদ্বাক্যম্।

নন্দঃ কিমকরোদ্ব্রহ্মন্ শ্রেয় এবং মহোদয়ম্। যশোদা বা মহাভাগা পপৌ যস্যাঃ স্তনং হরিঃ॥১৫॥

তথাহি—নবমাধ্যায়ে পঞ্চদশশ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শুকদেববাক্যম্।

নেমং বিরিঞ্চো ন ভবো ন শ্রীরপ্যঙ্গসংশ্রয়া। প্রসাদং লেভিরে গোপী যত্তৎ প্রাপ বিমুক্তিদাৎ॥১৬

---

**অন্বয়ঃ**— ইত্থং—অসুমতৌনা, সতাং—সাধুশিংগী, ব্রহ্মসুখানুভূত্যা—ব্রহ্মগী মুংঙাইববু ফংহনবা, দাস্যংগতানাম্—মনাই ভক্তশিংগী, পরদৈবতেন্—অথোইবা মবুঙো ওইবা, মায়া শ্রিতানাং—মায়াদা লৈবা-শিংগী মরিদা, নরদারকেণ—অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা, সার্দ্ধং—লোয়নদুনা, কৃতপুণ্যপুঞ্জাঃ—পুণ্য তৌরকলবা গোপ অঙাংশিংনা, বিজহ্রুঃ—সান্নখি। ইতি॥১৪॥

**অন্বয়ঃ**— ব্রহ্মন্—হে মুনি, নন্দঃ—শ্রীনন্দনিংথৌনা, মহোদয়ং—থোইদোক্পা ওইনবা, এবং—অসুম্না, কিং—কবিব, শ্রেয়ঃ—মঙ্গলগী থবকপু, অকরোৎ—তৌখিবা, মহাভাগা—য়াম্না লাইবকফবী, যশোদা—শ্রীযশোদানা, বা—অমসুং করি তৌখিবা, হরিঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, যস্যাঃ—মহাক্কী, স্তনং—অমুত্তবু, পপৌ—থকখি। ইতি॥১৫॥

**অন্বয়ঃ**— বিমুক্তিদাৎ—অরেপ্পা পীবা শ্রীকৃষ্ণদগী, যৎ প্রসাদং—অদুগুম্বা থৌজানবু, গোপী—শ্রীযশোদানা, প্রাপ—ফংখিবা, তংইমম্—অদুগুম্বা থৌজান্দো, বিরিঞ্চঃ—ব্রহ্মনা, ন লেভিরে—ফংদে, ভব—মহাদেবনা ফংদে, অঙ্গসংশ্রয়—শ্রীনারায়নগী থবাক্তা শাম্নবী, শ্রীঃ—শ্রীলক্ষ্মীনা ফংদে। ইতি॥ ১৬॥

---

প্রভুনা হায় মদু ওইরে হেঞ্জনবা অমতা হাযখো। রায়না হায় শ্রীকৃষ্ণগী মনাইনি সেবাতৌবনা অয়াম্বা ফংগদবগী মচিনি॥৬০॥

**অনুবাদঃ**— শ্রীদুর্ব্বাসানা, অম্বরীষ মহারাজ। শ্রীকৃষ্ণ নাগী হরিনামবু তাবতনা জীবনা মজুরবা—অরুবা মশক্তা ওই। পাপ্না শোক্তবা শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংগী করিবু লেমহৌবা লৈবগে— পুম্নমক ফংলবনি। ইতি॥ ১২॥

১৩, শ্লোকী মঃ ১।১২ তবা শ্লোক্তা রেংউ

প্রভুনা হায় মদু ওইরে হেঞ্জনবা অমতা হাযখো। রায়না হায় শ্রীকৃষ্ণবু ইতাওনি মুংশিবনা অয়াম্বা ফংগদবা মচিনি॥৬১॥

**অনুবাদঃ**— শ্রীশুকদেবনা, পরীক্ষিৎ! অসুম তৌনা সাধুশিংগী ব্রহ্মজ্ঞানীগী—মুংঙাইবা পিরম মশক ওইবা, মনাই ভক্তশিংগী অথোইবা মবুংঙো ওইবা, (মায়াদা) অচম্বদা লৈবশিংগী মরিদা অঙাং ওইবা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনদুনা পুণ্য তৌরকলবা গোপ অঙাংশিংনা সান্নখি। ইতি॥ ১৪॥

প্রভুনা হায় মদো অথোইবা ওইরে থোইদোক্পা অমতা হাযখো। রামানন্দনা হায় শ্রীকৃষ্ণবু ইচানি

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৪৭ অধ্যায়ে ৫৩ শ্লোকে গোপী প্রতি উদ্ধবাক্যম্।

**নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ।**
**রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠলব্ধাশিষাং য উদগাদ্‌ব্রজসুন্দরীণাম্ ॥১৭॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৩২ অং ২ শ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শ্রীশুকবচনম্।

**তাসা মাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ। পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথ মন্মথঃ ॥১৮॥**

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে স্থায়িভাবলহর্য্যাং দ্বাবিংশ শ্লোকে শ্রীরূপগোস্বামিনোক্তম্।

**যথোত্তরমসৌ স্বাদবিশেষোল্লাসময্যপি। রতির্বাসনয়া স্বাদ্বীভাসতে কাপি কস্যচিৎ ॥ ১৯॥**

**অন্বয়ঃ।** — রাসোৎসবে—বাসগী হবাওবা মতমদা, অস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, ভুজদণ্ড গৃহীতকণ্ঠ লবব্ধাশিষাং —পাম্বোম্না থৌরিদা কোন্দুনা পামজববু থুংখ্রবী, ব্রজসুন্দরীণাং—ব্রজগী নিংথিবীশিংগী, যঃ—অতুগুম্বা লাইবক ফবদো, উদগাৎ—থোকথিবা, অযং—অতু গুম্বা, প্রসাদঃ—থৌজান্দো, অঙ্গে—শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা শান্নবী, নিতান্তরতেঃ—থোইদোকপী প্রেমগী মশক ওইবী, শ্রিয়ঃ—শ্রীলক্ষ্মীনসু, উ—লেপ্না, ন—ওইদে, নলিণ গন্ধরুচাং— থম্বালগী মনম্বু নমলবী, স্বর্যোষিতাং—লাইগী নুপীশিংগী মরিদা ওইদে, অন্যঃ—অতোপ্পী শিংনা ফংলবদি, কুতঃ—করিদগী ওইগনি ওইদে। ইতি ॥ ১৭ ॥

নুংশিবনা অয়াম্বা ফংগদবগী মচিনি ॥৬২॥

**অনুবাদঃ।**—শ্রীপরীক্ষিৎনা শ্রীশুকদেবদা হে মুনি! শ্রীনন্দ নিংথৌনা অথোইবা ওইনবা অসুম্না কবম্বা অফবা থবকপু তৌথিবা। য়াম্না লাইবক ফববী শ্রীযশোদানা অমসুং করি তৌথিবা, শ্রীকৃষ্ণনা মহাক্কী অমৃতবু থকথি। ইতি ॥ ১৫ ॥

**অনুবাদঃ।**—শুকনা পরীক্ষিৎ। অবেপ্পা পীবা শ্রীকৃষ্ণদগী অতুগুম্বা থৌজানবু শ্রীযশোদানা ফংথিবা অতুগুম্বা থৌজানদো ব্রহ্মানা ফংদে। মহাদেবনা ফংদে, শ্রীনরাযণগী থবাক্তা শান্নবী শ্রীলক্ষ্মীনা ফংদে। ইতি ॥১৬॥

প্রভুনা হায় হায়রিবদো থোইদোক্লে অহেনবা অমা য়ায়্যু। রায়না হায় শ্রীকৃষ্ণবু চান্নবীগী থরাইগী মপুনি নুংশিবনা অয়াম্বা ফংগদবদগী অথোইবা ফংগদবদগী মচিনি ॥৬৩॥

**অনুবাদঃ।**—বাসগী হরাওবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোম্না থৌরিদা কোন্দুনা পামজববু থুংখ্রবী ব্রজগী নিংথিবীশিংগী অতুগুম্বা লাইবকফবদে, থোকথিবা অতুগুম্বা থৌজান্দো, শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা শান্নবী শ্রীলক্ষ্মীনসু লেপ্পা ওইদে। থম্বালগী মনম্বু নমলবী লাইগী নুপীশিংগী মরিদা ওইদে। অতোপ-পশিংনা ফংবদি করিদগী ওইগনি। ইতি ॥ ১৭ ॥

**১৮ শ্লোক্কী আঃ ৫।২২ শুবদা য়েংউ।**

শ্রীকৃষ্ণবু ফংবগী থৌবাংসি মথল মথা য়ামথরে। শ্রীকৃষ্ণ ফংনবগী অরাংপা অহেনবা মথল য়ামনা লৈথরে ॥৬৪॥ তৌইগুম্বসুং মাগী অতুগুম্বা পুক-চেন্না মানা অথোইবা ময়ামদগী ওই। ময়াই লেপ্তুনা থল্লক্রবদা অরাং অহেনবদো লৈয়ে ॥৬৫॥

**১৯ শ্লোক্কী আঃ ৪, ৫শুবদা য়েংউ।**

মথক মথকক্কী রসগী মগুন্না মথা মথাদা পুন্না— ওইরি। অমা, অনি, অহুম শিংথাবদা মগুন্না লোম্বা ফাওবদা চাওথংপগুম্বনি ॥৬৬॥ রস থুক্কিং মক্তা মগুন্না হেনবতুনা মহাওসু চাওথত্তুনা হেন্নি। শান্তদগী দাস্যগী সখ্যগী বাৎসল্যগী গুন্না মধুরদা কমথরে ॥৬৭॥ আকাশনচিংবগী গুন্না মথা মথাগী ভুত্তা তিনবা অতুগুন্না। অনি অহুম্না মথংশিংদা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮২ অং ৩১ শ্লোকে গোপীঃ প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

**ময়ি ভক্তির্হি ভূতানামমৃতত্বায় কল্পতে। দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎস্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ ॥২০॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবদ্গীতায়াং ৪ অং ১১ শ্লোকঃ।

**যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্। মম বর্ত্মানুবর্ত্তন্তে মনুষ্যাঃ পার্থ সর্ব্বশঃ ॥২১॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৩২ অং ২১ শ্লোকে গোপীঃ প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

**ন পারয়েঽহং নিরবদ্য সংযুজাং স্বসাধুকৃত্যং বিবুধায়ুষাপি বঃ।**
**যা মা ভজন্ দুর্জ্জয়গেহশৃঙ্খলাঃ সংবৃশ্চ্য তদ্বঃ প্রতিযাতু সাধুনা ॥২২॥**

তথাহি—তত্রৈব রাসে ৩৩ অং ৬ শ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শুকবাক্যম্।

**তত্রাতি শুশুভে তাভি ভগবান্ দেবকীসুতঃ। মধ্যে মণীনাং হৈমানাং মহামারকতো যথা ॥২৩॥**

তথাহি—লঘুভাগবতামৃতে উত্তরখণ্ডে ভক্তামৃতে একচত্বারিংশাঙ্কধৃতপদ্মপুরাণম্।

**যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা। সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥২৪॥**

তথাহি—শ্রীমদভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৩০ অং ২৩ শ্লোকঃ।

**অনয়ারাধিতো নূনং ভগবান্ হরিরীশ্বরঃ। যন্নো বিহায় গোবিন্দঃ প্রীতো যামনয়দ্রহঃ ॥২৫॥**

---

**অন্বয়ঃ।**- তত্র— বাসগী মকোইদা, হৈমানাং— স্না থিবিককী, মণীনাং— মণীশিংগী ময়াইদা, যথা—তৌবগুমনা, মহামারকত্য—ইন্দ্রণীলমণিনা ডান্না ফজবগুম্না, ভাতিঃ—ডাল্লি, ভগবান্—ঐশ্বর্য্য পুন্ন-মকনা থোগনবা, দেবকীসুতঃ- শ্রীকৃষ্ণনা, অতিশুশুভে—থোইদোকনা ফজরি। ইতি ॥২৩॥

---

হেনগৎলকপা মডানা পুন্‌বা পৃথিবীদা ওইবে ॥৬৮॥ অতুগুম্না অসিগুম্বা কান্তা প্রেমদগী শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা থুংনা সেবাবু ফংজরি। অসিগুম্বা চান্নবীগী থরাইগী মপুনি নুংশিবগী শ্রীকৃষ্ণনা মথা পোল্লি হায়না শ্রীভাগবত্তা হায়বি ॥৬৯॥

**২০ শ্লোক্কী আঃ ৪।২ শুবদা য়েংউ।**

মতম পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী অচেৎপা রাশকনা লৈবি। অতুমনা মানা নিংবা, অতুমনা মাবু শ্রীকৃষ্ণঐনা নিংবিরি ॥৭০॥

**২১ শ্লোক্কী আঃ ৪।৩ শ্লোবদা য়েংউ।**

কান্তা প্রেম অসিগী মতুং ইন্না নিংবদা মশক্তো য়ৌনা নিংবদা ওমদে। মরম অতুনা শ্রীকৃষ্ণনা ভাগবত্তা গোপীগী প্রেমগী লমন তোল্লি হায়রি ॥ ৭১ ॥

**২২ শ্লোক্কী আঃ ৪।২৯ শ্লোবদা য়েংউ।**

শ্রীকৃষ্ণনা চংথোন্না মীপুকহুবগী কোকথক্কী লৈতেংনি তৌইগুম্বসুং। ব্রজগোপীশিংগী থোগল্লবদা শ্রীকৃষ্ণমাগী মাধুর্য্যনা চাওখৎলি ॥৭২॥

**অনুবাদঃ।** — শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংনা কোইনা থোগনবা বাসগী মকোই ফজবদো। স্নাথিবিক্কী মণিশিংগী ময়াইদা ইন্দ্রণীলমনিনা ডান্না ফজবগুম্না থোইদোক্না ডাল্লি। ঐশ্বর্য্য পুন্নমক্না থোগনবা দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা য়াম্না হেন্না থোইদোক্না ফজরি। ইতি ॥ ২৩ ॥

প্রভুনা হায় মসিনা ফংগদবগী ওমথৈবু নিংথিনা লেপ্পীরে। মতমসিদা থোজান্দুনা খজিক্তং ওইনা হেঞ্জনববু হায়রু ॥ ৭৩ ॥ রায়না হায় মসিদগী হেনজনবদা অতুম্না মীওইবদা হন্জদবদা। অমুক কুইনা মুমিত্তা সংসারদা লৈরমগনি হায়বদো খংডুদে ॥৭৪॥ পুন্নমকসিগী মরক্তগী শ্রীরাধাগী শ্রীকৃষ্ণ ন্নুংশিবনা

তথাহি—শ্রীগীতগোবিন্দে ৩ সর্গে ১শ্লোকে শ্রীজয়দেববাক্যম্।

**কংসারিরপি সংসারবাসনাবদ্ধশৃঙ্খলাম্। রাধামাধায় হৃদয়ে তত্যাজ ব্রজসুন্দরীঃ ॥২৬॥**

তত্রৈব—তৃতীয়সর্গে ২ শ্লোকে শ্রীজয়দেববাক্যম্।

**ইতস্ততস্তামনুসৃত্য রাধিকামনঙ্গবাণব্রণখিন্নমানসঃ।**
**কৃতানুতাপঃ স কলিন্দনন্দিনী তটান্তকুঞ্জে বিষসাদ মাধবঃ ॥২৭॥**

তথাহি—উজ্জ্বলনীলমণৌ বিপ্রলম্ভ ভেদকথনে ৪২ শ্লোকে শ্রীরূপগোস্বামিবাক্যম্।

***অহেরিবগতিঃ প্রেম্নঃ স্বভাবকুটিলা ভবেৎ। অতো হেতোরহেতোশ্চ যুনোর্মান উদঞ্চতি ॥২৮॥**

---

**অন্বয়ঃ**।—অনঙ্গবানখিন্নসঃ—কামগী তেনন্য থাবদগী পুকনিং রাববা, সঃ— অদুগুম্বা, মাধবঃ —শ্রীকৃষ্ণনা, ইতস্ততঃ—মাইকৈ পুম্নমক্তা, তাং—অদুগুম্বী, শ্রীরাধিকাং—শ্রীরাধিকাবু, অনুসৃত্য—থিবত্তুনা, কৃতানুতাপঃ—থমোই চাক্তনা, কলিন্দ-নন্দিনী—তটান্তকুঞ্জে— যমুনাগী মপান কুঞ্জদা, বিষসাদ— রাথি। ইতি ॥২৭॥

**অন্বয়ঃ**।—অহেঃইব— লীনগীগুম্না, প্রেম্নঃ — প্রেমগী, গতিঃ — মচৎনা, স্বভাবকুটিলা— মহৌশানা *খোইবনা, ভবেৎ—ওই, অতঃ—মবম অদুদগী, হেতোঃ—মবম লৈবদগী, অহেতোঃচ—মবম লৈতবদগীস্থ, যূনোঃ—ঙ্গুংশিনবা অনিগী, মানঃ—ওইননবনা, উদঞ্চতি—থোকই। ইতি ॥ ২৮ ॥

---

ফংগদবগী কোথক্কী মনীনি। মহাক্কী মতিকপু লাইরিক পুম্নমক্তা মথক থোংনা হায়রিবনি ॥ ৭৫ ॥

**২৪, শ্লোক্কী আঃ ।৪।৪০। শূবা শ্লোক্তা য়েংউ**

**২৫, শ্লোক্কী আঃ ৪।১৪।শূবা শ্লোক্তা য়েংউ**

প্রভূনা হায় অহেনবা হায়যু তাবদা ঙ্গুংঙাইবদো ফংজরে। নংগী চিন্দগী ওইথোক্তবা অমৃতগী তুরেন্না চেম্বরকলে ॥ ৭৬ ॥ গোপশিংগী কিবদগী শ্রীরাধাবু হুরান্দুনা পুথি শ্লোক্তা হায়রিবদো। অত্তোপ্পগী য়েংলবদি প্রেমগী থ্বাইদগী হেন্না চেৎপদো ফাওদরেদনা ॥৭৭॥ মতমত্তুদা শ্রীরাধাগী-দমক্তা শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংবু সংসংনা থাদোকলবা। মতম অত্তুদা শ্রীরাধাগী শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী অচেৎপা খংগদবনী ॥৭৮॥ রায়না হায় মত্তুদা প্রেম্গী মতিক-তো হায়গে তাবিরো। মরোন্ অহুমদা শ্রীরাধাগী প্রেমগী চাংতমনিংঙাইবু লৈতে ॥ ৭৯ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা গোপীশিংগী রাসদা জগোইশাবগী মকোইবু থা-দোকখ্রা। মান ওৈস্রবী শ্রীরাধাবু বন্দা থিহ্নবা অমুক হন্না তেংথাত্নুনা কপই ॥৮০॥

**২৬ শ্লোঃ আঃ ৪।৪২ শূবদা য়েংউ**

**অনুবাদঃ**।—কামগী তেন্না থাবদগী পুকনিংনা রারবা, অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণনা মাইকৈ পুম্নমক্তা অদু-গুম্বী শ্রীরাধিকাবু থিরত্নুনা থমোই চাক্তনা, যমুনাগী মপান্দা লৈবা কুঞ্জদা শ্রীকৃষ্ণনা য়ামনা রাথি। ইতি ॥২৭॥

অসিগুম্বা শ্লোক অনি অসিগী অর্থবু রাথল তৌ-বদা থংলি। অমৃতগী থনিনা তৌবগুমন্না থল্লুবদা অরেপ্পা পোক্লককনি ॥৮১॥ কোটি চামা গোপী-শিংগা লোয়ননা রাসবু শান্নবা শ্রীকৃষ্ণনা। মত্তুগী ময়াইদা মশক অমতনা রাধাগী মনাক্তা লৈরবা ॥৮২॥ পুম্নমককী প্রেমনা পুম্নমক্তা মান্নবা ওইনা উরত্নুনা। শ্রীরাধাগী প্রেমদি খোইয়ে চিকনা—শাওগনবীনি ॥৮৩॥

**অনুবাদঃ**।—লীনগী অখোইবগুম্না প্রেমগী মচংনা মহৌশানা খোইবনা ওই মবম অদুদগী মবমলৈবদগী

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অধ্যায়ে ১ শ্লোকঃ।

**ঈশ্বরঃ পরমঃ কৃষ্ণঃ সচ্চিদানন্দবিগ্রহঃ। অনাদিরাদির্গোবিন্দঃ সর্ব্বকারণকারণম্ ॥২৯॥**

তত্রৈব—শ্রীমদভাগবত ১০ স্কঃ ৩২ অং ২ শ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শ্রীশুকবচনম্।

**তাসামাবিরভূচ্ছৌরিঃ স্ময়মানমুখাম্বুজঃ। পীতাম্বরধরঃ স্রগ্বী সাক্ষান্মন্মথমন্মথঃ ॥৩০॥**

মরম লৈতবদগীসু মুংশিনবনা নিপা নুপী অনিগী ওইননবনা তত্না থোকই। ইতি ॥২৮॥

শ্রীরাধানা শাওত্না রাসবু থাদোক্লুনা মান তোত্না চৎখবে। মাবু উদ্রত্না শ্রীকৃষ্ণনা অৱাবা ওইখবে ॥৮৪॥ চংখোম্না যাম্না থোক্না শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বদি রাস লীলানি। রাস শান্নবগী অপান্বদা শ্রীরাধানা শৃঙ্খলা ওত্না পুল্লি ॥৮৫॥ রাধাবু নত্না রাস শান্নবদা পুক্লিংদা শ্রীকৃষ্ণনা পামদবে। গোপীশিংনা কোযরিবদো থাদাক্লুনা রাধাবু থিবদা চৎখবে ॥৮৬॥ মাইকৈ পুম্নমক্তা কোইরে কদাইদসু রাধাবু কৃষ্ণনা ফংদ'ব। কামগী তেন্না অৱাবা ওইত্না শ্রীকৃষ্ণনা ৱাববুলে ॥৮৭॥ কোটিচামা গোপীশিংদা কামগী মৈচাক মুৎপা ওইদবে। শ্রীরাধাতনা ভমচ মসিতদা শ্রীরাধাগী প্রেমগী গুনবু খংনরিবনি ॥৮৮॥ প্রভুনা হায় মরম অত্তুগীদমক্তা নংগীনফমদা লাকচবনি। অসিগুম্বা অয়াম্বা বসনচিংবা মশক্কী অবেপ্পা তত্ত্ববু খংলবদা ॥৮৯॥ হৌজিক অত্তুগুম্বা থোগনগদবা ফংগদবগী অরেপ্পবু খংলগনি। অমদি হেনজনবা খজিক্কংবু ঐনা তাজগে হায়না নিংই ॥ ৯০। মত্তুদি শ্রীকৃষ্ণগী মশক শ্রীরাধাগী মশকপু হায়যু। রসনা করি মশকনো, প্রেম্না অবেপ্পা মশক করিনো? ॥৯১॥ থৌজানবীত্না অসিগুম্বা অরেপ্পা মশকশিংসি ঐডোন্দা হায়যু। নংডোন্দগী অতোপ্পা কনানা মসিবু লিংখৎকদবদা ভমলরোই ॥ ৯২ ॥ রায়না হায় মসিবু ঐনা খজিক্কংবু খংজদে। অত্তুগুম্বা নংনা হায়রকপা মত্তুগুম্বা ৱাহৈকা ঐনা হায়জবনি ॥৯৩॥ নংগী তত্ত্বিবদগী থিজবনি অদুবা তেনবানা থীবগুম্বনি। নংনা সংসংবা ঈশ্বরনি, নংগী মবৈগী জগোইদো কনানা খংগবা॥ ৯৪ ॥ ঐগী খমোইদা ইনশিনবনি লৈয়েংদনা ৱাহৈদো হায়হনবনি। কবিনো হায়রিবহৈদ অকবা ফত্তবা খজিক্কংবু খংজদে ॥৯৫॥ প্রভুনা হায় ঐহাকসে চুমদব ডাংবা সন্ন্যাসীনি। ভক্তিগী অবেপ্পা মশক খংদে, চুমদবতা খনবা চুমদবতা হায়বনি ॥৯৬॥ সার্ব্বভৌমগা তিন্নবদা ঐগী পুক্লিংনা অকবা ওইবনি। মডোন্দা কৃষ্ণ ভক্তিগী অবেপ্পা মশক্কী ৱাবু হংই ॥৯৭॥ মানা হায় ঐদি শ্রীকৃষ্ণগী ৱাদি কবিসু খংদনা। পুম্নমকপু খংবদি রামানন্দনি, মানা অসিদা লৈতে ॥৯৮॥ নংগী মতিকপু তাত্না নংগী নফমদা ঐনা লাকচবনি। সন্ন্যাসীনি খংত্না নংনা ঐডোন্দা লৈসিলৈখাম্লে ॥৯৯॥ কবিনো ব্রাহ্মণ, কবিনো সন্ন্যাসী কবিগীদমকতা শুদ্রনা ক্লৈবোইদবা। মানা কৃষ্ণগী অরেপপা মশকপু খংবা মানা গুরুনি ॥ ১০০ ॥ সন্ন্যাসীনি হায়ত্না ঐডোন্দা নমহৎপা তৌগনু। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অবেপপা মশকপু হায়ত্না পুক্লিং থনহল্লু ॥১০১॥ তৌইগুম্বসুং রামানন্দনা কৃষ্ণ মুংশিবা অখোইবা মতিক চাওরবনি। মাগী পুক্লিংবু কৃষ্ণগী মায়ানা কুপশিনগদবদা ভমদে ॥ ১০২ ॥ অত্তুমকপু প্রভুগী অনিংবনা থোইদোক্না পাঙ্গলখরে। শ্রীচৈতন্য মাবু খংত্নসু রায়গী পুক্লিংনা ফেৎ ফেৎ হায়রকলে ॥১০৩॥ রামানন্দনা হায় ঐনা জগোই শাবনি নংনা জগোই শাহনবনি। অত্তুম্না শাহনবদো অত্তুমনা জগোইবু শাজগে নিংজরিবনি ॥১০৪॥ ঐগী লৈয়েংনা বীণা মত্তুনি, নংনা বীণাবু পাম্নবনি।

তথাহি ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে ১ লহর্য্যাং ১ শ্লোকঃ।

**অখিলরসামৃতমূর্ত্তিঃ প্রসৃমররুচিরুদ্ধতারকাপালিঃ কলিতশ্যামাললিতো রাধাপ্রেয়ান্ বিধুর্জয়তি ॥৩১**

তথাহি—গীতগোবিন্দে সর্গে ১১ শ্লোকে শ্রীজয়দেববাক্যম্।

**বিশ্বেষামনুরঞ্জনেন জনয়ন্নানন্দমিন্দীবরশ্রেণীশ্যামলকোমলৈরুপনয়ন্নঙ্গৈরনঙ্গোৎসবম্।**
**স্বচ্ছন্দং ব্রজসুন্দরীভির্বাভিতঃ প্রত্যঙ্গমালিঙ্গিতঃ শৃঙ্গারঃ সখি মূর্ত্তিমানিব মধৌ মুগ্ধো হরিঃ ক্রীড়তি ॥৩২॥**

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮৯ অঃ ৩২ শ্লোকে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনৌ প্রতি ভূমপুরুষবাক্যম্।

**দ্বিজাত্মজা মে যুবয়োর্দিদৃক্ষুণা ময়োপনীতা ভুবি ধর্ম্মগুপ্তয়ে।**
**কলাবতীর্ণাববনের্ভরাসুরান্ হত্বেহ ভূয়স্ত্বরয়েতমন্তি মে ॥ ৩৩ ॥**

---

**অন্বয়ঃ।**—অখিল রসামৃতমূর্ত্তিঃ অয়াম্বা রস অমৃতগী মশক ওইবা, প্রসৃমররুচি-রুদ্ধ-তারকাপালিঃ—ভাম্বোকলকপা নিংথিজবা ফজবনা তারকা কোবী, কপালি কোবী গোপীবু ফাবা, কলিত শ্যাম ললিতঃ—শ্যাম অমসুং ললিত কোবী গোপী অনিবু মাগী ওইবিবা, রাধা প্রেয়ান্—শ্রীরাধাগী চান্নথোইবা, বিধুঃ—শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা, জয়তি—জয় ওইবি। ইতি ॥৩১॥

**অন্বয়ঃ।**—ধর্ম্মগুপ্তয়ে-ধর্ম্মব ভাবগীদমক্তা, কলাবতীর্ণৌ—অংশ-কলাশিংগা লোয়ননা পোকখ্রবা হে কৃষ্ণার্জ্জুন, যুবয়োঃ—নখোয় অনিদ. দিদৃক্ষুণা—যংনিংভুনা, ময়া—ঐনা, মে—ঐগী ভুবি—লৈফমপুবদা, দ্বিজাত্মজাঃ—ব্রাহ্মণগী মচাশিংবু, উপনীতা—পোকরব। ভরঃ—অমুক হন্না, অবনেঃ—পৃথিবীগী, ভরাসুরান—লুমলবা হিংচাবশিংব হত্বা-হাৎলগা, মে—ঐগী, অন্তি—ইনাক্তা, ইহ—মফমসিদা, ত্বরয়েতম্—নখোয় অনিনা লাকহনবিয়ু। ইতি ॥ ৩৩॥

---

নংগী পুকনিংদা অত্তমনা হোৎহৎনকপা মত্ততা লোন-থোকচবনি ॥১০৫॥ শ্রীকৃষ্ণনা সয়ং ভগবান্নি, অথোই-বনি, পুন্নমক্কী মবুংভানি। পুন্নক্কী পোবকমনি, পোকফম পুন্নমক্কা থোইদোকপনি ॥১০৬॥ লোমদবা বৈকুণ্ঠশিংগী অমদি লোমদবা অবতারশিংগী। লোমদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংগী মথোয় পুন্নমককী লৈফন্নি ॥১০৭॥ শ্রীনন্দগী মচানি অরেপ্পা, অথংবা, নুংডাইবা অহুম অসিনা ওইবা হকচাংনি। অযাম্বা অচৌবা, অয়াম্বা তৌবা ভম্বা, অয়াম্বা অপনবা, পুমনমক্কা থনবনি ॥১০৮॥

**২৯ শ্লোকক। আঃ ২।১৭ শুবদা য়েংউ।**

**শ্রীকৃষ্ণনা লৈফম শ্রীবৃন্দাবন্দা, ফজব চমদবা অনৌবা কামনি। কামগায়ত্রী কামবাজতনা শ্রীকৃষ্ণ মাগী প্রেম সেবাবু তৌজবনি ॥১০৯॥ মতুদি :—**

( ক্লীঁ কামদেবায বিদ্মহে পুষ্পবানায ধীমহি তন্নোঽনঙ্গ প্রচোদয়াৎ ইতি ) শ্রীকৃষ্ণনা নিপা, নুপী কবিনো চত্তবা অচৎপা। পুন্নমককী পুকানংবু চিংলবা কামগী কামনি ॥১১০॥

**৩০ শ্লোঃকী আঃ ২।২২ শুবদা য়েংউ।**

শ্রীকৃষ্ণগী অয়াম্বা ভক্তশিংগী অয়ামবা রসামৃতগী মশক্তা ওইবা। শ্রীকৃষ্ণনা অসিগুম্বা অয়াম্বা রস অমৃতগী লৈফমনি চারিবা মশকনি ॥১১১॥

**অনুবাদঃ।** অয়াম্বা রস অমৃতগী মশক ওইবা ভাম্বোকলকপা ফজবনা তারকা কৌবী, কপালিকা কৌবী গোপী অনিবু ফাবা। শ্যাম কৌবী ললিত কৌবী গোপী ২বু মাগী ওইরিবা, শ্রীরাধাগী চান্ন-থোইবা শ্রীকৃষ্ণচন্দ্রনা পুন্নমক্তা জয় ওইরি। ইতি ॥৩১॥

তত্রৈব—দশম স্কঃ ষোড়শাধ্যায়ে দ্বাত্রিংশত্তম শ্লোকে শ্রীকৃষ্ণং প্রতি নাগপত্নীবাক্যম্ ।

**কস্যানুভাবোঽস্য ন দেব । বিদ্মহে তবাঙ্ঘ্রিরেণুস্পর্শাধিকারঃ ।**
**যদ্বাঞ্ছয়া শ্রীর্ললনাচরত্তপো । বিহায় কামান্ সুচিরং ধৃতব্রতা ॥৩৪॥**

তথাহি ললিতমাধবে ।৮ | ৩২

**অপিরিকলিতপূর্ব্বঃ কশ্চমৎকরকারী স্ফুরতি মম গরীয়ানেষ মাধুর্য্যপূরঃ ।**
**অয়মহমপি হন্ত প্রেক্ষ যং লুব্ধচেতাঃ সরভসমুপভোক্তুং কাময়ে রাধিকেব ॥৩৫॥**

তথাহি—বিষ্ণুপুরাণে ৬ | ৭ | ৬১

**বিষ্ণুশক্তিঃ পরা প্রোক্তা ক্ষেত্রজ্ঞাখ্যা তথাপরা । অবদ্যা কর্ম্মসংজ্ঞান্যা তৃতীয়া শক্তিরিষ্যতে ॥৩৬॥**

---

**অন্বয়ঃ** ।—দেব—হে শাম্নহৈবা শ্রীর্ললনা—শ্রীলক্ষ্মীনা, যদ্বাঞ্ছয়া—মত্থবু পামথুনা, কামান্—অপাম্বা খিবিকপু, বিহায—হুঞ্জেক্তুনা, ধৃতব্রতাঃ— ব্রত তৌথুনা, সুচিরং—মতম কুইনা, তপ. আচারৎ—তপপু তৌখি, অস্য—ননাই কালি কোবা লিনগী, তব—নংগী, অঙ্ঘ্রিরেণুস্পর্শাধিকার.—চরণগী উফুনবু, পুজবা শোকপবা ফংজবরিবসি, কস্য— করিগী, অনুভাবঃ— মতিকো, ন বিদ্মহে— ঐখোয়না খংদরে ইতি ॥৩৪॥

---

রসগী নিংথৌগী মপক শৃঙ্গ বনা ওহবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংনি । শ্রীকৃষ্ণনা মবন অদ্ভুদগী কৃষ্ণমপা পোম্বা ফাওবা পুন্নমক্কী পুক্নিংবু হুবি ॥১১২॥

**৩২, শ্লোক্কী আঃ ৪।৪৩ শুবদা য়েংউ**

শ্রীকৃষ্ণগী মাপুক হুবা গুন্না শ্রীনারায়নচিংবা অবতারশিংগী পুক্নিংবু হুবি । শ্রীলক্ষ্মীনচিংবী হুপী পুন্নমক্কী পুক্নিংবুস্থ শ্রীকৃষ্ণগী গুনন্না হুথুনা চিংশিল্লি ॥ ১১৩ ॥

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীভুমাপুরুষ নাবান্না— হে কৃষ্ণ অর্জ্জুন । ধর্ম্মবু ঙাক্নবগীদমক্তা অংশ-কালাশিং লোইননা পোকখ্রবা নখোয় অনিবু উনিংথুনা, ঐনা ঐগী লৈফমপুরদা ব্রাহ্মণগী মচাশিংবু লৌকবে । অমুকহন্না পৃথিবীগী লুম্লবা হিংচাবশিংবু হাংলগা ঐগী ইনাক্তা—মফমসিদা নখোই অনিনা লাকহল্লু ইতি ॥ ৩৩ ॥

**অনুবাদঃ** ।— কালিদমন্দা কালিগী মতুনা শ্রীকৃষ্ণদা হে-শাম্নহৈবা । শ্রীচরণগী উফুন্দুবু পামথুনা, অপাম্বা খিবিকপু হুঞ্জেক্তুনা ব্রত তৌথুনা শ্রীলক্ষ্মীনা মতম কুইনা তপপু তৌখি । ননাই কালি কোবা লিনগী, নংগী শ্রীচরণগী উফুনবু শোকপা ফংজবরিবসি করিগী মতিকনো ঐখোইনা খংদ্রে ইতি ॥ ৩৪ ॥

শ্রীকৃষ্ণ মাগী মিপুক হুবাগুণনা কৃষ্ণ মহাক্কী পুক্নিংবু হুরি । শ্রীকৃষ্ণ মঙোন্দা কৃষ্ণমানা কোনবা অদ্ভুতবু পাম্মী ॥১১৪॥

**৩৫ শ্লোক্কী আঃ ৪।২০ শুবদা য়েংউ।**

অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী অবেপপা মশকপু সুপচিন্না হায়জবে হৌজিক্তি সুপলপনা শ্রীরাধাগী অরেপ্পা হায়জগে তাবিরো ॥ ১১৫ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী শক্তিশিংনা লোমদে মত্থদগী অহুমসিনা অথোইবনি । চিচ্ছক্তি, মায়াশক্তি, জীবশক্তি কোবা অহুমসিনি ॥ ১১৬ ॥ মখোয়সিদা—মনুং চনবী, মরক্তা লৈবী, মপান্দা লৈবী হায়রি । মনুংচনবী চিচ্ছক্তিনা পুন্নমক্কী মথক্তা থোইদোকলি । মরক্তা লৈবী জীবশক্তিনি, মপান্দা লৈবী মায়া শক্তিনি ॥১১৭॥

**৩৬ শ্লোক্কী আঃ ৭।৭ শুবদা য়েংউ।**

তথাহি— বিষ্ণুপুরাণে ১ । ১২ ৬৯

হ্লাদিনী সন্ধিনী সম্বিৎ ত্বয্যেকা সর্ব্বসংস্থিতৌ। হ্লাদতাপকরী মিশ্রা ত্বয়ি নো গুণবর্জ্জিতে ॥৩৭

তথাহি—উজ্জ্বলনীলমণৌ ২ শ্লোকঃ

তয়োরপ্যুভয়োর্ম্মধ্যে রাধিকা সর্ব্বথাধিকা। মহাভাবস্বরূপেয়ং গুণৈরতিবরীয়সী ॥৩৮॥

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতযাম্ ৫ অং ৩৩ শ্লোকঃ।

আনন্দচিন্ময়রসপ্রতিভাবিতাভিস্তাভির্য এব নিজরূপতয়া কলাভিঃ।
গোলোক এব নিবসত্যখিলাত্মভূতো গোবিন্দমাদিপুরুষংতমহং ভজামি ॥৩৯॥

অরেপপা, অথংবা, নুংঙাইবা, অহুমসিনা ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংনি। মরম অদুদগী স্বরূপশক্তিনা মশক অহুম্ ওইবি ॥১১৮॥ নুংঙাইবদগী থাইদোকপনা হলাদিনীনি, অরেপ্পদগী থাইদোকপনা সন্ধিনীনি। অথংবদগী থাইদোকপনা সংবিৎনি, মাতনা শ্রীকৃষ্ণবু খংনা নিংনবি॥ ১১৯ ॥

৩৭ শ্লোক্ত আঃ ৪, ৯ শুবদা য়েংউ।

শ্রীকৃষ্ণদা নুংঙাইহল্লি মরমদুনা হলাদিনী কৌই। অসিগুম্বী শক্তিনা থোং ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা নুংঙাইববু চাবনি ।১২০। নুংঙাইবগী মশক শ্রীকৃষ্ণনা, নুংঙাইববু চাববু তৌবিবনি। হলাদিনীনা মবম ওইদুনা ভক্তশিংদা নুংঙাইববু পীবিরবনি ॥১২১। হলাদিনীগী মচি থাইদোকপা মাগী মমিং প্রেম কৌই। নুংঙাইবা, অথংবা, অপেনবা অহুমসিবু প্রেম কৌই ॥১২২॥ প্রেমগী (নুংশিবগী) অথোইবা মচিনা মহাভাবনি, থংলি। অদুগুম্বী মহাভাবনা মশক পানবী শ্রীরাধা ঠাকুরাণীনি ।১২৩।

৩৮, শ্লোক্তী আঃ ৪।১১।শুবা শ্লোক্তা য়েংউ

প্রেমগী মশক্তি প্রেমনা তিল্লবী শ্রীরাধাগী হকচাংনি, শ্রীকৃষ্ণগী পুম্নমক্কগী থোইদোকপী চান্নবীনি জগত্তা [illegible] ॥১২৪॥

৩৯, শ্লোক্তী আঃ ।৪।১২। শুবা শ্লোক্তা য়েংউ

[illegible] মহাভাবনা ওইবী থোইদোকনা নিংগদবা চিন্তামণিনি। শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বু পুথবল্লি মদিনা শ্রীরাধাগী [illegible] ॥১২৫॥ শ্রীরাধাগী হকচাংসো মহাভাবচিন্তামণিনি। ললিতানচিংবী সখীশিংদো শ্রীরাধাদগী তোঙান্না য়ামথোকপা হকচাংনি ॥১২৬। শ্রীরাধাগী মফমদা কাইনবা ওমদনা কৃষ্ণবু নুংশিবনা মনম নু শিব হকচাংদা নোইনবা থাউ ওই। তৈবতুতনা য়ামনা মনম নুংশিবি হকচাংদা বুচুনা তক তকই ॥১২৭॥ অতোপ্পগী অরাবা থাংওমদবা অমৃতগী ঈচেন্দা অগানবা প্রাতগী ইকজবি। শ্রীরাধানা ইনখৎলকপা হকচাংগী তনৌনা ফজবা অমৃতগী ঈচেন্দা মধ্যানগী ইকুজবি ।১২৮॥ শ্রীরাধানা চংথোনবা কুচুগী ফজবা অমৃতগী ঈচেন্দা সন্ধ্যাগী ইকুজরি। মাগী ইকাইজবনা শংবানবা ফিগে, সাডী ওইদুনা থোল্লি ॥১২৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী নৌথোক্না নুংশিবনা গেকন্না শংবা ২শুবা ফিবোল ওইনা থোল্লি শ্রীকৃষ্ণগী লেপ্পুনা নুংশিবগী মান্না কঞ্চুলিকা ওইদুনা থবাক্তা কুপ্পুনা থোল্লি ॥১৩০॥ শ্রীরাধাগী চংথোনবনা কুক্কুম্নি, মতাগী নুংশিবনা যাব চন্দন্নি। শ্রীরাধানা মোমন নোকপগী ফজবনা -কর্পূরনি অহুমসিতনা হকচাংদা থোল্লি ॥ ১৩১ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী শৃঙ্গারসনা থোইদোপা কস্তুরী ওইরে। অসিগুম্বা কস্তুরীতনা হকচাং মপুমতিংনা য়েক্কুনা লৈত্তেংভি ॥১৩২॥ অথোয়বা-কুপছিনবা-মান্না রাধাগী শম্মুন্ ওইবি। শ্রীরাধাগী মরক মশা ওইবা মাহান্নী গুম্না হকচাংদা নমথাং ইরুফি ওইনা থোল্লি ॥১৩৩॥ রাগনা সাইরবা পান্না ওইদুনা রাধাগী চিনবান্না তঙানা ফজনা ওইল্লি। প্রেমগী অথোইবনা.—

তথাহি—শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে একাদশসর্গে দ্বাবিংশাধিকশততমঃ শ্লোকঃ।

**কা কৃষ্ণস্য প্রণয়জনিভূঃ শ্রীমতী রাধিকৈকা কাস্য প্রেয়স্যনুপমগুণা রাধিকৈকা ন চান্যা॥**
**জৈহ্ম্যং কেশে দৃশি তরলতা নিষ্ঠুরত্বং কুচেঽস্যাঃ বাঞ্ছাপূর্ত্ত্যৈ প্রভবতি হরে রাধিকৈকা ন চান্যা॥ ৪০।**

**অন্বয়ঃ**—কৃষ্ণস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রনয়জনিভূঃ—প্রেমগী পোকফম, কা—কনানো, একাশ্রীমতীরাধিকা—শ্রীমতি রাধিকা মতোমতনি, অস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, প্রেয়সী—চান্নবী, অনুপমগুণা-গুন্না চাংদমনিংঙাই লৈতবী, কা—কনানো, একারাধিকাঃ—রাধিকা মতোমতনি, ন-চ-অন্যা—অতোপপা কনা নত্তে, অস্যাঃ—শ্রীরাধাগী, কেশে—শমদা, জৈহ্ম্যং-খোযবা, দৃশি-মিত্তা, তরলতা—তয়াং তশোইবা, কুচে-স্তন্দা, নিষ্ঠুরত্বং—কন্তকপা, একারাধিকাঃ—শ্রীরাধা মতোমতনা, হরেঃ—শ্রীকৃষ্ণগী, বাঞ্ছা পূর্ত্ত্যৈ—নিংবা থুংনবগীদমক, প্রভবতি—চাংদমনিংঙাই লৈতবা গুণবু পুবিবনি, অন্যা—অতোপ্পনা, নচ—ওইদে। ইতি॥৪০॥

রাধাগী মিৎ অনিদা কজ্জল ওইনা থোল্লি॥১৩৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী অবেপ্পা পুকচেন ফজনা ভান্তোকপা হরাওবনচিংবা-হেঙ্গনলকপা। অসিগুম্বা অয়াম্বা পুকচেন্না অয়াম্বা হকচাংদা নিংথিজনা লৈতেং ওইহনা থোল্লি॥১৩৫॥ রাখল নিপান পুনবা বিলকিঞ্চিতনচিংবা (রাখল-পুকচেন) কুন্না লৈতেং ওইবি। গুণগী পরেংনা লৈপরেং ওইহনা থন্না হকচাংদা থোল্লি॥১৩৬॥ শ্রীরাধাগী লাইবক ফবনা থিল্লিবা চন্দন ওইনা লাইবক্তা নিংথিনা ভাল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী তুংশিবগী অঙকপনা হীরাগী লিক ওইনা হৃদিদা থোল্লি॥১২৭॥ শ্রীরাধানা নহাতা ওইনা লৈবনা মতাগী লেংবান্দা খুৎনা পায়হনা লেপপা ওইরি। শ্রীকৃষ্ণগী শান্নবনা পুনিংগী মচৎনি, মতাশিংনা—মায়কৈ মরি ওইরি॥১৩৮॥ শ্রীরাধাগী হকচাংনা ওইবা নিংথিবা য়ুমদা অথোইবনা কাংথোন ওইরে। মহুদা কমহনা লৈরগা মতম পুম্নমক্ত, পুকনিংদা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্গতা নিংই॥১৩৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ মিংচৎ অসিনা নাদা মাচোম ওইনা থোল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী নাম, গুণ, মিংচৎ অসিনা রাধাগী রাহৈদা ভত্তনা শোল্লি॥১৪০॥ শ্রীকৃষ্ণদা শৃঙ্গার-রসনা লৈহি অমৃত ওইনা কত্তুনা থকহল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্বা পুম্নমকপু অতংপা। লৈত্তনা রাধানা থুংহল্লি।১৪১॥ শ্রীকৃষ্ণগী য়াম্মনা সেনা পুরবা প্রেম বস্তুগী লনগৈনি। চাংদমনিংঙাই লৈতবা গুণশিংনা ওইবা শ্রীরাধাগী হকচাংনি॥১৪১॥

**অনুবাদঃ।**—শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী পোকফমনা কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি। শ্রীকৃষ্ণগী চান্নবী চাংদমনিংঙাই লৈতবী গুণ পুবী কনানো? শ্রীরাধিকা মতোমতনি। অতোপ্পা কনানা নত্তে। মহুদি শ্রীরাধাগী শমদা খোইবা, মিত্তা—তয়াং তয়োইবা, কুচদা কন্তকপা, অসিগুম্বা গুণসি শ্রীরাধিকা মতোমতনা, শ্রীকৃষ্ণগী নিংবা থুংনবগীদমকতা পুরিবা চাংদমনিংঙাই লৈতবা গুণনি, অতোপপদা ওইদে।ইতি॥৪০॥

শ্রীরাধাগী লাইবক ফবা গুন্দো সত্যভামানা পামজৈ। মাগী মকমদা ব্রজগোপীশিংনা জগোই ঈশৈ শকপা তম্মী॥১৪৩॥ মাগী চংথোনবা গুন্দো লক্ষ্মী-পার্ব্বতীনা পামজৈ। মাগী মপুরোইববু চাকহেন্নবী লমচত্তো বশিষ্ঠগী মুপী অরুন্ধতীনা পামজৈ॥১৪৪॥ শ্রীরাধাগী অরেপ্পা গুনশিংগী ওমথৈবু শ্রীকৃষ্ণনা হায়বা ওমদে। শ্রীরাধাগী গুনবু শিংথাবদা তোল্লবা জীবা ঐনা করম্না ওমগবা! ॥১৪৫॥ প্রভুনা হায় রাধা-কৃষ্ণগী প্রেমগী অরেপ্পা মশক থংলে। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী শান্নবগী মতিক্তো॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে, বিভাবলহর্য্যাং ৪২৩ শ্লোকঃ।

বিদগ্ধো নবতারুণ্যঃ পরিহাসবিশারদঃ। নিশ্চিন্তো ধীরললিতঃ স্যাৎ প্রায়ঃ প্রেয়সীবশঃ ॥৪১॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে, বিভাবলহর্য্যাং ১২৪ শ্লোকঃ।

বাচা সূচিতশর্ব্বরীরতিকলাপ্রাগল্ভ্যয়া রাধিকাং ব্রীড়াকুঞ্চিতলোচনাং বিরচয়ন্নগ্রে সখীনামসৌ।
তদ্বক্ষোরুহচিত্রকেলিমকরী-পাণ্ডিত্যপারং গতঃ কৈশোরং সফলীকরোতি কলয়ন্ কুঞ্জে বিহারং হরিঃ ॥৪২

তথাহি—উজ্জ্বলনীলমণৌ স্থায়িভাব প্রকরণে ১১০ শ্লোক।

রাধায়া ভবতশ্চ চিত্তজতুনী স্বেদৈর্বিলাপ্য ক্রমাদ্ যুঞ্জন্নদ্রি-নিকুঞ্জকুঞ্জরপতে নির্ধূতভেদভ্রমম্।
চিত্রায় স্বয়মন্বরঞ্জয়দিহ ব্রহ্মাণ্ডহর্ম্ম্যোদরে ভূয়োভির্নবরাগহিঙ্গুলভরৈঃ শৃঙ্গারকারুঃ কৃতী ॥৪৩॥

---

**অন্বয়ঃ**।— বিদগ্ধঃ—শান্নহৈবা, নবতারুণ্যঃ——নৌনা নহাতা ওইবা, পরিহাসবিশারদঃ—পাওসহৈবা নিশ্চন্তঃ—নিংঙাইবা লৈতবা, প্রায়ঃ—চংথোন্না, প্রেয়সীবশঃ—চান্নবীগী মথাপোনবা, ধীরললিতঃ—ধীর-ললিতনা, স্যাৎ—ওই। ইতি ॥৪১॥

**অন্বয়ঃ**।—অদ্রিনিকুঞ্জকুঞ্জরপতে—শ্রীগোবর্দ্ধনগী নিকুঞ্জদা লৈবা হে শামুগী নিংথৌ, কৃতী—চংথোনবা শৃঙ্গারকারুঃ—শৃঙ্গারগী য়েক-খোৎপা কাননা, স্বেদৈঃ—শৌবকপা হুমাংতনা, রাধায়াঃ—রাধাগী, ভবতশ্চ —নংগীসু, চিত্তজতুনি—পুকনিং চা অনিবু, ক্রমাৎ—মথং মথং, বিলাপ্য—পেৎহল্লগা, নির্ধূতভেদভ্রমম্ —তোঙান্না মানি ঐনি ডকপবু কোকহল্লগা, যুঞ্জন্—অমতা ওইনা তিনসিন্দুনা, ইহ—সংসারদা, ব্রহ্মাণ্ড-হর্ম্ম্যোদরে—ব্রহ্মাণ্ড ফুরাগী মমুংদা, চিত্রায—এরুবগীদমক, ভূয়োভিঃ—মখল মখা ওইরিবা, নবরাগ-হিঙ্গুলভরৈঃ—অনৌবা রাগনা নিংথিনা তঙাংবা হিঙ্গোলমক্তনা, স্বয়ং—মশামকনা, অন্বরঞ্জয়ৎ— শংলগা য়েকখরে। ইতি ॥৪৩।

---

তাজগে নিংজৈ ॥১৪৬॥ বাযনা হায কৃষ্ণনা প্রেমগী মথাদা নিঙাইবা লৈতনা শান্ননিংবা পুকচেন্নি। অতৎপা লৈতনা প্রেমসু শান্নবনা মাগী মবমচৎনি ॥১৪৭॥

**অনুবাদঃ**।—শান্নহৈবা নৌনা নহাতা ওইবা পাওস হৈবা, নিঙাইবা লৈতবা চংথোন্না চান্নবীগী মথা পোনবা ধীরললিতনা ওই। ইতি ॥ ৪১ ॥

অহিং মুংখিন্দা শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগা লোইনদুনা কুঞ্জদা শান্নৈ। শান্নবগী হরাওবতনা পাখংমচাগী মীওইবু মহৈ হানহল্লি ॥১৪৮॥

**৪২ শ্লোঃ অাঃ ৪১৬। শ. বদা য়েংউ**

প্রভুনা হায় মসিনা অইরে হেঞ্জনবা অমতংবু হায়যু রায়না হায় অমদি মসিদগী হেনবদা রাখন্না কংদরে চৎরে ॥১৪৯॥ অমদি প্রেমগী শান্নবা অমতং লৈরী ওন্ন তৈনবসিদা। মতুংবু তাবদা নংগী মুংঙাইনি মুংঙাইরোই করিসু থংজদে ॥১৫০॥ অসি হায়রগা মানা তৌবা ঈশৈ অমা শকলকলে। মতু তাবদা প্রেমতনা প্রভুনা মথুক্তনা রায়গী মচিন কুপশিন্দুনা থামখ্রে ॥১৫১॥

(ঈশৈ অসিমক্তি—শ্রীরাধিকানা দুর্জ্জয় মানগী লোমখ্রবা, কলহান্তরিতাদা অকনবা থাংবা উমক্রবা উৎকণ্ঠাদা পূর্ব্বরাগ উনা দূতীদা হায়রকপনি। অসিনা মরম ওইনা পুন্নমক্তা পূর্ব্বরাগদগী হৌগনি তাকই)

অহানবদা মিৎ পাংবতনা পূর্ব্বরাগ ওইখিবনি। ভুমিৎ খুদিংগী চাওখৎলি অরোয়া ওয়মৈ কংদে।

তত্রৈব—শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে ১০ সর্গে ১৭ শ্লোকঃ।

**বিভুরতিসুখরূপঃ স্বপ্রকাশোপি ভাবঃ ক্ষণমপি নহি রাধাকৃষ্ণয়োর্যা ঋতে স্বাঃ।**
**প্রবহতি রসপুষ্টিং চিদ্বিভূতীরিবেশঃ শ্রয়তি ন পদমাসাং কঃ সখীনাং রসজ্ঞঃ ॥৪৪॥**

**অন্বয়ঃ**।—ঈশঃ—ঈশ্বরনা. চিদ্বিভুতীঃইব – চিচ্ছশক্তিগী পাঙ্গন্না পুম্নমক ওইবগুম্না, রাধাকৃষ্ণয়োঃ—শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী, ভাব.—পুকঃচেন্না, অপি—অমসুং, বিভু.—পুম্নমক্তা শিনথুংবা, অতিসুখরূপ—য়াম্না হেন্না নুংঙাইবগী মশক্লি, স্বপ্রকাশঃ—মশা মতোমতনা ঙানবনি, অপি—ওইহ্নমকপু, স্বাঃ—শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ওইবী, যাঃ—অহুগুম্বী সখীশিংবু, ঋতে—নত্তনা, ক্ষণ—ঙহাক্তংবু, অপি—অমসুং, রসপুষ্টি—রস মপুং ফানা, নহিপ্রবহহি—পুবা ঙমদে, আসাং—অসিগুম্বী, সখীনাং—সখীশিংগী, পদং—চরন্দা, কঃ—কনানা, রসজ্ঞঃ—রস খংবশিংনা, ন শ্রয়তি—চংলোইদবগে। ইতি ।৪৪।

॥১৫২॥ মানা ইপুরোইবা ওইদে ঐনা মাগী মুপী ওইদে। অনিগী পুকনিংবু কামনা কুপহল্লগা তিন-সিনখবে খংলে ॥১৫৩॥ হে ইতা। অসিগুম্বা প্রেমগী রারম পুম্নমকপু। শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা হায়য়ু, কাও-রমানে খংলে ১৫৪॥ দূতীনা থিরক্লবোই, অতোপ্পনসু থিরকলরোই। ঐখোয়নিগী পুন্‌বদা ময়াইদা কামগী তেনমঙা লৈ ॥১৫৫॥ হৌজিক শ্রীকৃষ্ণনা নিংদবে, নংনা দূতী ওইরবনি। চংখোনবা নিপাগী মুং-শিবগী কবিনো অসিগুম্বা মচংসিনি ॥ ১৫৬॥ (প্রতাপরুদ্রগী ভক্তি চাওখৎনবগী রায় কবিনা শকচল্লি)।

**অনুবাদঃ**।—শ্রীবৃন্দাদেবীনা শ্রীকৃষ্ণদা, শ্রীগো-বর্দ্ধনগী নিকুঞ্জদা লৈবা হে শামুগী নিংথৌ। চং-খোনবা শৃঙ্গারগী য়েক-খোৎপা কামনা, শৌরকপা হুমাংত্তনা শ্রীরাধাগী নংগীগু পুকনিং চা অনিবু মথং মথং পেৎহল্লগা, তোঙাম্না ঐনি, মানি ঙকপবু কোকহল্লগা অমত্তা ওইনা তিনসন্দুনা, সংসারদা ব্রহ্মাণ্ড ফুরাগী মনু দা একবগীদমক্তা মথল গথা ওইরিবা অনৌবা রাগনা নিংথিনা তঙাংবা হিঙ্গোল-মক্তনা, মশামক্তা শংলগা য়েকথরে। ইতি ॥৪৩॥

প্রভুনা রায় ফংগদবগী অরোম্বা ঙমথৈ মসিনা ওইরে। অদুগী থৌজাত্তনা মসিবু লেপনা থংলগনি ॥১৫৭॥ ফংগদবা অরেম্বা মশকপু ফংনবা থৌরাং নত্তনা কনানা ফংলোই। থৌজানবিত্থনা মসিবু ফংননবগী থৌবাংদো হায়য়ু ॥১৫৮॥ রায়না হায়—অহুমনা নংনা হায়হনবা রাহৈ অহুতা হায়বনি॥ করিনো হায়বদা ঐনা অকবা কত্তবা থজিত্তনু থংজদে ॥১৫৯॥ মরোল অহুমগী মনুংদা অসিগুম্বা অতপপা কনা লৈবগে। নংগী থংদ-শাবা জগোইদা কৃপানা অতপপবু ঐনা ওইসনু ॥ ১৬০ ॥ নংনা ঐগী ইচিন্দা হায়বনি নংনা তাবিরো। ঙমথৈ নাই-দনা য়ামনা থুপঙ্গবা ফংননবা থৌরাংগী রানি ॥১৬১ শ্রীরাধাকৃষ্ণগী শাম্নরিবা মসিনা থোইদোকনা য়াম্না থুপই। ঐনা মনাইনি, মমা মপানি, মুংশিবনচিং-বগী মাংদা শাম্নদে ॥১৬২। পুম্নমক্তগী ১তা ওইনা সখীশিংত্তনা লীলাদা রায়েল্লি। সখীদগী অসিগুম্বা লীলানা শস্তোক্লকপা ওইরি ॥১৬৩॥ সখী নত্তনা অসিগুম্বা লীলানা মপুং ফাবা ওইদে। সখীনা লীলাবু শস্তোক্লগা সখীতনা রসবু চাজরি ॥ ১৬৪ ॥ সখী নত্তনা অসিগুম্বা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা শাম্নবদা অতোপ্পগী ফংক্ষম লৈতে। সখীদা চংজহুনা সখীগী পুকচেনত্তনা মীহুনা সখীগী মতুংইন্না নিংলকপা ॥১৬৫। মীহুনা ফংগদবা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী কুঞ্জ সেবাবু লেপনা ফংজে। অসিগুম্বা ফংগদববু ফংগদবদা

তথাহি গোবিন্দলীলামৃতে ১০ সর্গে ১৬ শ্লোকঃ।

সখ্যঃ শ্রীরাধিকায়া ব্রজকুমুদবিধোর্হলাদিনীনামশক্তেঃ
সারাংশপ্রেমবল্ল্যা কিশলয়দলপুষ্পাদিতুল্যাঃ স্বতুল্যাঃ।
সিক্তায়াং কৃষ্ণলীলামৃতরসনিচয়ৈরুল্লসন্ত্যামমুষ্যাং
জাতোল্লাসাঃ স্বসেকাৎ শতগুণমধিকং সন্তি যত্তন্নচিত্রম্ ॥৪৫॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে সাধনভক্তিলহর্য্যাং ১৪৩ শ্লোকঃ।

প্রেমৈব গোপরামাণাং কাম ইত্যগমৎ প্রথাম্। ইত্যুদ্ধবাদয়োহপ্যেতং বাঞ্ছন্তি ভগবৎপ্রিয়াঃ।৪৬॥

**অন্বয়ঃ।**—ব্রজকুমুদবিধোঃ— ব্রজ থংবাগী থা শ্রীকৃষ্ণগী, হলাদিনীনামশক্তেঃ— হলাদিনী কৌবী শক্তিগী, সারাংশপ্রেমবল্ল্যাঃ—মচি ওইবী প্রেমগী উরী ওইবী, শ্রীরাধায়াঃ—শ্রীরাধাগী, সখ্যঃ—সখী-শিংনা, কিশলয় দল পুষ্পাদিতুল্যাঃ — মযোন মনা মপানগা মান্নবী, স্বতুল্যাঃ—শ্রীরাধা মহাক্কা মান্নবীনি, অতঃ—মরম অদুদগী, কৃষ্ণলীলামৃত রসনিচয়ৈঃ—শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমৃতরসগী মপৈনা, অমুষ্যাং—অসিগুম্বী শ্রীরাধাদা, সিক্তায়াং—থিকপগী, উল্লসন্ত্যাং — নুংঙাইববদা, স্বসেকাৎ—মশাদা থিকপদগী, শতগুণং গুণ চামা, অধিকং—হেন্না, জাতোল্লাসাঃ—হৰাওহ্না, সন্তি—সখীশিংনা লৈ, যৎ—মরম অদুদগী, তৎ — মদুবু, ন চিত্রম্—অঙকপা নত্তে। ইতি ॥৪৫॥

অতোপপা থৌরাং লৈতে ॥১৬৬॥

**অনুবাদঃ।**— ঈশ্বরনা চিৎ শক্তিগী পাঙ্গলনা পুম্নমক ওইবগুমনা। শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী পুকচেন অমস্তুং পুম্নমক্তা শীনবা থুংবা য়ামনা নুংঙাইবগী মশকনি, মশা মতোমতনা ঙানবনি, ওইদুনমকপু শ্রীরাধাকৃষ্ণগী ওইবী অদুগুম্বী সখীশিংবু নত্তনা ঙাহাক্কুংবু অমস্তুং রসবু মপুং ফানা পুবা ঙমদে। অসিগুম্বী সখীশিংগী চরন্দা রসবু থংবা কনানা চংলোইদবগে চংজগনি। ইতি ॥৪৪॥

সখীগী পুকচেন্দী অমনি হায়গদবদা ঙমলোই। সখীগী পুকচেন্দা শ্রীকৃষ্ণগা লোয়নদুনা মশানা শান্নগে নিংদে ॥১৬৭॥ মথোয়না শ্রীরাধাগা কৃষ্ণগা লোয়নদুনভা শান্নহল্লি॥ মদুদা মশাগা লোয়ননা শান্নবদগী কোটি হেন্না নুংঙাইবা ফংই। ১৬৮॥ শ্রীরাধাগী মশকনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী কল্পলতা (উরী) পান্নীনি। সখীশিংনা মাগী ময়োন, মপান, মনা ওইবে ॥ ১৬৯॥ শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমৃতনা উরীপান্নীদা থিকপা মতমদা। মশাদা থিকপদগী ময়োন্নচিংবগী নুংঙাইবা কোটি ওই ॥১৭০॥

**অনুবাদঃ।**- ব্রজ থরোগী থা শ্রীকৃষ্ণগী হ্লা-দিনী কৌবী শক্তিগী মচি ওইবা, প্রেমগী উরী ওইবী শ্রীরাধাগী সখীশিংনা ময়োন, মপান, মনাগা মান্নবী শ্রীরাধাগা মান্নবীনি। মরম অদুদগী শ্রীকৃষ্ণ-গী লীলা অমৃত রসগী মপৈনা, অসিগুম্বী পান্নী রাধাদা থিকপগী নুংঙাইবদা, মথোয়গী মশাদা থিকপদগী গুণ চামা হেন্না হরাওদুনা সখীশিংন লৈ। মরম অদুদগী মদুবু ঙক্কদবা ওইদে।ইতি ॥৪৫

তৌইগুম্বস্তুং শ্রীকৃষ্ণগ সম্ভোগদা সখীগী পুক-নিংনা শান্নগে নিংদে। অদুমমকপু শ্রীরাধিকান চেকশিনবতনা সখীশিংদা সঙ্গমবু ফংহল্লি ॥১৭১। শ্রীকৃষ্ণদা অপাম্বা মরৈত্তনা থান্না সখীশিংদা— সঙ্গম লীলাবু শান্নহল্লি। শ্রীরাধা মশান্নকনা ফংব

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ একত্রিংশাধ্যায়ে ঊনবিংশঃ শ্লোকঃ।

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিংস্বিৎ কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥৪৭॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮৭ অধ্যায়ে ১৯ শ্লোকে ভগবন্তং প্রতি শ্রুতিবাক্যং।

নিভৃতমরুন্মনোঽক্ষদৃঢ়যোগযুজো হৃদি যন্মুনয় উপাসতে তদরয়োঽপি যযুঃ স্মরণাৎ।
স্ত্রিয় উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ড বিষক্তধিয়ো বয়মতি তে সমাঃ সমদৃশোঽঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ ॥৪৮॥

অন্বয়ঃ।— নিভৃতমরুন্মনোঽক্ষ দৃঢ়যোগযুজঃ - থরাই, পুকনিং, ইন্দ্রিয় লাকশিন্দুনা যোগ তৌরবা, মুনয়ঃ —মুনিশিংনা, হৃদি—থমোইদা, যৎ—পরমাত্ম ব্রহ্মবু, উপসতে— নিংবদা ফংবত্তুদি, অরয়ঃ — এক্লবশিংনা, অপি—অমস্তু, স্মরণাৎ—নিংলুবদগী, তৎ—মহুবু, যযু—ফংভি, উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ডবিষক্তধিয়ঃ—লিন নিংথৌগুম্না ফজবা পাম্বামদা পামজবী, স্ত্রিয়ঃ—শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংনা, তে— নংগী, অঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ— শ্রীচরণ থম্বালগী অমৃত লৈহিবু, সমা—ফংলবী গোপীশিংগা মান্নবা, বয়ংঅপি—শ্রুতি ঐখোয়নসু, সমদৃশঃ—গোপীশিংগী মতুংইন্না, যযু—ফংই। ইতি ॥৪৮॥

সঙ্গমসুখদগী হেন্না কোটি সুংভাইবা ফংই ॥১৭২॥ মহৈমহৈতনা রাধা অমসুং সখীশিংগী মশাগী থন্দবা প্রেমনা রসবু শাকই। মহোশানা গোপীশিংগী কৃষ্ণ-গীদমক্তা সুংশিবনি অচম্বদা পাম্বা নত্তে। অচম্বদা পাম্না শান্নববু হঞ্জনহনবদগী গোপীগী প্রেমবু কাম কৌই হায়রি ॥১৭৪॥

**৪৬ শ্লোককী অঃ ৪। ২৫ শুবদা য়েংউ।**

মশাগী ইন্দ্রিয়গী সুংভাইনবা মরম্না কামগী অরোম্বা ওমথৈনি। গোপীশিংগী প্রেমদি খোইদোকনা শ্রীকৃষ্ণগী সুংভাইবগী অরোম্বা ওমথৈনি ॥ ১৭৫ ॥ মাগী ইন্দ্রিয়শিংগী সুংভাইববু গোপীশিংগী পুক্নিংনা পামদে। গোপীশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা সুংভাইবা পীনব-গীদমক্তা সঙ্গমবু শান্নবনি ॥১৭৬॥

**৪৭ শ্লোংকী অঃ ৪।২৬ শুবদা য়েংউ।**

অসিগুম্বা গোপীশিংগী প্রেম অমৃতবু মাগী অপাম্ব-না ওইরবা। মানা বেদনা হায়বা অশ্রমগী মচৎ মীগী মচৎ থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা নিংভি ॥ ১৭৭ ॥ অহুম্বা মীহুনা রাগানুগা ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণবু নিং-লবদা। অদুগুম্বা হুনা ব্রজদা শ্রীনন্দগী মচা কৃষ্ণবু লেপ্না ফংজে ॥১৭৮॥ ব্রজবাসিশিংগী মরক-তগী কনাগুম্বগী পুক্চেন্ লোহুনা মানা নিংবত্না পুকচেনগী মতিকচাবা হকচাংবু ফংহুনা ব্রজদা কৃষ্ণবু ফংজে ॥১৭৯॥ মহুদি— শ্রীগুরুগী থৌজাম্না সখী মঞ্জরীদা অদুদগী শ্রীরাধিকাদা চংজরগা পেনবীনবা শ্রীকৃষ্ণদা থরাই-হকচাং আত্মা কত্তুনা নাম-মন্ত্র-গায়ত্রিনা, খোগনজববু রাগা নুগা ভক্তি কৌই মহুদগী থংনবা উত্তুনা লৈ— উপনিষদ্ শ্রুতিশিংনা। রাগ-ভক্তিগী মতুং ইন্না নিংবনা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু ফংই ॥ ১৮০ ॥

**অনুবাদঃ।**—শ্রীশ্রুতি কন্যাশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা, হে কৃষ্ণ! থরাই পুক্নিং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকশিন্দুনা যোগ তৌরবা মুনিশিংনা থমোইদা, অদুগুম্বা পরমাত্মা ব্রহ্মবু নিংবদা ফংবত্তুদি মসুং য়েক্লবশিংনা য়েংথিনা নিংবদগী মহুবু ফংথি। লিন নিংথৌগুমনা ফজবা পাম্বোমদা পামজবী শ্রীরাধানচিংবী গোপীশিংনা নংগী শ্রীচরণ থম্বালগী লৈহি অমৃতবু, ফংলবী গোপী শিংগা মান্নবা শ্রুতি ঐখোয়নসু গোপীশিংগী মতুং ইন্না নিংজবদগী ফংজরি। ইতি ॥৪৮॥

তথাহি - শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৯ অঃ ১৬ শ্লোকঃ ।

**নায়ং সুখাপো ভগবান্ দেহিনাং গোপীকাসুতঃ। জ্ঞানিনাঞ্চাত্মভূতানাং যথা ভক্তিমতামিহ ॥৪৯॥**

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৪৭ অঃ ৫৩ শ্লোকঃ।

**নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ। স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ**
**রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠ লব্ধাশিষাং যউদগাদ্ ব্রজসুন্দরীণাম্ ॥৫০॥**

**অন্বয়ঃ**—অয়ং—অসিগুম্বা, ভগবান—তৌবা ভম্বনা তিনবা, গোপীকাসুতঃ—গোপীগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা ভক্তি মতাং—রাগভক্তিদা, সুখাপঃ—সুংঙাইবা ফংই, যথা—অদুগুম্না, দেহিনাং— অশ্রমদা চংপা জীবশিংগী, জ্ঞানিনাং—জ্ঞানিশিংগী মবিদা, অত্মভূতানাং চ—যোগ তৌবশিংগী মরিদসু, নসুখাপঃ - সুংঙাইবা ফংবা ওইদে। ইতি ॥৪৯॥

মতুংইন্না, হায়বনা শ্লোক্তা রাগগী মশক গোপীগী মতুং ইনববু হায়বনি। মাম্নবা হায়বনা শ্রুতিশিংগী সিদ্ধ-গোপীগী হকচাং ফংববু হায়বনি ॥ ১৮১ ॥ শ্রীচরণ থম্বালগী অমৃত হায়বনা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গমদা পেনবীববু হায়বনি। রাগ নত্তবা বৈধি (মশাগী কাম্নবা) ভক্তিনা ব্রজদা কৃষ্ণবু ফংদে বৈকুণ্ঠদা ফংই ॥১৮২॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীশুকনা পরীক্ষিৎ। তৌবা ভম্বনা তিনবা অসিগুম্বা শ্রীযশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা সংসারদা রাগভক্তিদা অপেনবা ওই। অদুগুম্না আশ্রম চংপা জীবশিংগী মরিদা, জ্ঞানিশিংদা অমসুং যোগ তৌবশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণনা সুংঙাইবা ফংবা ওইদে। ইতি ॥৪৯॥

স্বরম অসিনা গোপশিংগী শ্রীকৃষ্ণ সুংশিবগী পুকচেন্দো লৌজবগা। শ্রীরাধাকৃষ্ণগী কাল নিপানগী শাম্নবা লীলাবু অহিং নুথিন্দা নিংগনি ॥ ১৮৩ ॥ মীহুনা থন্দুনা সিদ্ধমঞ্জরীনা মহুদা (বৃন্দাবন্দা) পুক্লিংগা লোয়ননা সেবা তৌগনি। সখীমঞ্জরীগী সুংশিবা মশক্তনা শ্রীবৃন্দাবন্দা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী—চরণ থম্বালবু ফংই ॥ ১৮৪॥ গোপীগী মতুংইননা নিংবা নত্তনা তৌবা ভম্বনি নিংবনা জ্ঞান্না। নিংলুহুনসু ব্রজদা শ্রীনন্দ নন্দনবু (শ্রীকৃষ্ণবু) ফংদে, অতোপ্পদা ফংই ॥ ১৮৫॥ হায়রিবসিদা থংনবা খুদম উত্তুনা লৈ মহুদি—শ্রীলক্ষ্মীনা বৈধিদা নিংভি। অহুমওইনমকপু ব্রজদা নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীলক্ষ্মীনা ফংদে ॥১৮৬॥

**৫০ শ্লোক্তা মধ্য ৮।১৭ শুবদা য়েংউ।**

অসিবু তাবদা প্রভুনা মঙোন্দা কোনবীরকলে। মপু মনাইনা কোনশিন্নহুনা কপমিন্নরে ॥ ১৮৭ ॥ মতৌ অসুম্না প্রেমদা চংহুনা অহিং লেপ্লে। নোংঙানবা মতমদা মাগী মাগী থবক্তা অনিমক্তা চংনরসি ॥১৮৮॥ হায়রকপা বিদায়গী মতমদা প্রভুগী চরণদা কোন্দুনা। রামানন্দরায়না নোম্লুক্তা তৌহুনা হায়বকই ॥১৮৯॥ প্রভুগী থোজাম্না ঐঙোন্দা তৌবিগদবগী মসিদা লেংলকপনি। ঐগী ফত্তবা পুক্লিংবু সুমিৎ তরানিদং লৈবীহুনা শেংদোকলম্মু ॥১৯০॥ নংবু নত্তনা জীববু লানবীগদবা অতোপ্পা অমা লৈতে। নং নত্তনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবু পীগদবদা অতোপপা অমা লৈতে। ৯১ ॥ প্রভুনা হায়—নংগী গুণ তাহুনা ঐনা লাকচবনি। শ্রীকৃষ্ণগী রাসমবু তারগা পুক্লিংনা শেংনবগীদমক্তনি ॥১৯২॥ অহুম্না তায়কপা, নংগী নত্তিক নগুম্লো—উররে। শ্রীরাধাকৃষ্ণ প্রেমরস থংবগী নংনা চমথেনি ॥১৯৩॥ সুমিৎ তরানিত্তগী করি হায়ক্তনি অক্লুপকীমথৈ ঐনা হিংলিবা। অহুপকী মথৈদি নংগা

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১ স্কঃ ১ অধ্যায়ে ১ শ্লোকঃ।

**জন্মাদ্যস্য যতোহন্বয়াদিতরতশ্চার্থেষ্বভিজ্ঞঃ স্বরাট্ তেনে ব্রহ্ম হৃদা য আদিকবয়ে মুহ্যন্তি যৎসূরয়ঃ।**
**তেজোবারিমৃদাং যথা বিনিময়ো যত্র ত্রিসর্গো মৃষা ধাম্না স্বেন সদা নিরস্ত কুহকং সত্যং পরং ধীমহি॥৫১**

**অন্বয়ঃ**।—যতঃ—মাঙোন্দগী, অস্য—জগৎকী, জন্মাদি-সৃষ্টি স্থিতি—প্রলয় ওইবা, অন্বয়াৎ—লৌগদবদগী, চ—অমসুং, ইতরঃ—লৌবোইদবদগী, অর্থেষু—অরেপ্পা খিবিক্তা, অভিজ্ঞঃ—মানা লোইনা খংবা, স্বরাট—মতোমতনা ঙানবা, য—মানা আদিকবয়ে—ব্রহ্মাগীদমক্তা, হৃদা—থমোইতনা, ব্রহ্ম—বেদবু, তেনে—শস্তোকখি, তৎ—'বদ অতুবু, সূরয়ঃ—সাইশিংনা, মুহ্যন্তি—ঙক্নরি। তেজোবারিমৃদাম্—মৈনে, ঈশিংনে, লৈবাক্কে মখোযশিংগী, যথ—অহুম্না, বিনিময়ঃ—ওন্নতৈনবা, তথা—অহুমনা, প্রিসর্গ.—স্বত্ব, রজ, তম, গুণ অহুমগী শেম্বনা, অমৃষা—লেম্না মাংদবা, স্বেনধাম্না—মতোমতগী মঙাম্না, নিরস্তকুহকম্—মায়াগী কিশিবু কোক্লবা, সত্যং—অরেপপা, পরম—অথোইবা শ্রীকৃষ্ণবু, ধীমহি ঐ.খায়না নিংজরি। ইতি॥৫১

তিন্নবদা থাদোকপা ঙমদোই॥১৯৪॥ নীলাচলদা ন গা ঐগা অমত্তা ওইনা লোযননা লৈরুসি। মতম খিবিক্তা শ্রীকৃষ্ণগী কথাগী হরাওবদা নুংঙাইনা লেল্লুসি॥১৯৫॥ অসি হাযহুনা অনিমক্না মাগী মাগী থবক্তা চৎনখ্রে। নুমিত্তাবদা প্রভুসু-রাযসু অমুক হন্না লাক্কুনা তিন্নববে॥১৯৬॥ মহৈ মহৈ তিন্নহুনা অনিনা গোদাবরীগী মপান উগী মখোংদা চিকনা ফমহুনা। নুংঙাইনা তিন্নহুনা বাসনাবু হংন-খুমন্দুনা মশকপু লেপলি॥১৯৭॥ প্রভুনা হংবদ রামানন্দনা খুম্ববু তৌজরে। মতৌ অসুম্না মহৈ মহৈ শ্রীকৃষ্ণগী রাবমদা অহিংসি লেপ্লে॥১৯৮॥ প্রভুনা হায় মহৈগী মরক্তা করি মহৈনা অরেপ্পনো ? রায়না হায় শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিনা ওমগদবা মহৈনি নত্তনা অতোপ্পা মহৈ লৈতে॥১৯৯॥ মিংচৎশিংগী মরক্তা জীবগী করম্বা মিংচৎনা অথোইবনো ? শ্রীকৃষ্ণ নুংশিরবা মনাইনি হায়বনা মাগী অফাওবা ওইরি॥২০০॥ লল্‌শিংগী মরক্তা জীবগী করম্বা লল্‌না অরেপ্পনি শিংথাগনি শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেম্না মাগী ওইরবা মানা থোইদোক্না ইনাকখুনবনি॥২০১॥ অরাবগী মরক্তা করম্বা অরাবনা থোইদোক্কো হেম্না অরাবা ওইবা? শ্রীকৃষ্ণগা মনাইগা কাইনবনা রাবা নত্তনা অরাবা অম লৈতে॥২০২॥ অরানবগী মরক্তা করম্বনা জীবগী অরানবনি নিংগনি? শ্রীকৃষ্ণগী নুংশিবনা মাগী ওইরবা মানা অরানবগী কোক্‌যক্কী মণিনি॥২০৩॥ ঈশৈগী মরক্তা করম্বা ঈশৈনা জীব মাগী শকদবা অরেপ্পনো ? শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমগী শাম্নবনা জীবগী অচেৎপা ঈশৈনি।২০৪॥ অফবগী মরক্তা করম্বা অফবনা জীবগী অরেপ্পনো ? শ্রীকৃষ্ণগী মনাইগা তিন্নবা নত্তনা অফবা অমা লৈতে॥২০৫॥ কনাগী নিংশি ববু জিবনা তত্তনা নিশিংববু তৌগদগে ? জীবগী শ্রীকৃষ্ণগী নাম-গুন-লীলা খিবিকপু নিংশিংবনা অথোইবনি॥২০৬॥ নিংনবগী মরক্তা জীবগী কনাবু লেপ্ন নিংগদবগে ? শ্রীরাধাকৃষ্ণগী চরণ থম্বালবু নিংজবনা অথোইবনি॥২০৭॥ লৈফম পুম্নমক থাদোকলগা জীবগী কদাইদা লৈগদগে ? শ্রীব্রজভূমি বৃন্দাবন্দা রাস লীলা শাম্নবা মহুদা জীবগী লৈফমনি॥২০৮॥ তানবগী মরক্তা জীবগী করিবু তারগা অথোইবনো ? শ্রীরাধাকৃষ্ণগী প্রেমনা শাম্নববু তাবনা নাকোংগী হিদাকনি॥২০৯॥ খোগনগী মরক্তা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ২ অধ্যায়ে ৪৩ শ্লোকঃ।

**সর্ব্বভূতেষু যঃ পশ্যেৎ ভগবদ্ভাবমাত্মনঃ। ভূতানি ভগবত্যাত্মন্যেষ ভগবতোত্তমঃ॥৫২॥**

**অন্বয়ঃ**।– যঃ—মান,, সর্ব্বভূতেষু—অয়াম্বা জীবশিংদা, আত্মনঃ—মহাককী নিংজবা, ভগবদ্ভাবং—মবুংতোগী মশক্তোম, পশ্যেৎ—উগদবা ওই, আত্মনি—মাগী নিংজবা. ভগবতি—মবুংডো শ্রীকৃষ্ণদা, ভূতানি—জীব পুম্নমকপু উগনি ) এষঃ—মহাক্তো, ভাগবত উত্তম –অথোইবা মতিক চাওবা বৈষ্ণবনি। ইতি॥৫২

**অনুবাদঃ**।—মতোন্দা জগৎকী শেম্বা য়োকপা লৌশিনবা তৌবা, লৌগদবা অমসুং লৌরোইদবগী, অরেপা খিবিক্তা মানা লোইনা থংবা। মতোমতনা ভানবা মানা ব্রহ্মাগীদমক্তা থমোইতনা বেদবু তম্বীতুনা ফোংতোকই, বেদ অহুবু লাই শিংনা-ডকুরি, মৈনে ঈশিংনে লৈবাকনে মখোয়শিংগী অহুমনা ওন্ন-তৈনবা, অহুগুম্না সত্ব, রজ, তম গুণ অহুমগী শেম্বনা লেম্না মাংদবা, মতোমতগী মডাম্না মায়াগী কিশি কোক্লবা অরেপ্পা থোইদোকপা শ্রীকৃষ্ণবু ঐথোয়না নিংজরি। ইতি॥৫১।

কনাবু থৌগনবনা অথোইবনো? শ্রীরাধাকৃষ্ণ অনিগী নাম অমসুং মন্ত্রবু থৌগনবনা জীবগী অথোইবনি॥২১০॥ মুক্তি পাম্বা ভক্তি পাম্বা অহুগুম্বা অনিগী কদাইদা চৎপানা? অতুম্না লৈবিবা অচৎপা জীবা চত্তবা জীবা, লাইগী হকচাংদা পান্দম্ম॥২১১॥ রস থংদবা কাবুনা অথংবা ওইনা অথাবা নিম মহৈবু চারি। রস থংবা কোকিলনা কুংশিবা হৈনৌময়োন অনৌববু চাবি॥২১২॥ লাইবক থিহুনা জ্ঞানীশিংনা রস পক্তবা জ্ঞান্না মুক্তিবু চারিয়ে। লাইবক ফবনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিনা প্রেম অমৃতরসবু থকচরি॥২১৩। মতৌ অসুম্না মপু মনাই অনিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম মন্ত্রগী অপেনবদা। জগোই শাই ঈশৈ শক্তুনা কপতুনা লৈবকপনঃ অহিংগী মমৈদা॥২১৪॥ অনিমক্তা মাগী মাগী থবক্তা নোংডানবদা চৎনথবে। সন্ধ্যাগী মতমদা গোদবরী মপানদা প্রভুগী মনাকতা রায়না লাকতুনা তিন্নরে॥২১৫॥ মুংশিনা তিন্নহুনা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিগী রাবু মিকুপ থরা ডানরে। প্রভুগী চরন্দা কোন্দুনা রামানন্দনা নোল্লুক্তা হঙ্গৎলকই॥২১৬॥ শ্রীকৃষ্ণগী অরেপ্পা মশক রাধাগী মশক মচিওইবা। রসগী অরেপ্পা মশক লীলাগী অরেপ্পা মশক মখল মথা অয়াম্বা॥২১৭॥ অসুক য়াম্বা তত্ত্ববু ঐগী মমোইদা 'ফোংতোকপীববু তৌরে। ব্রহ্মাদা বেদবু শ্রীনারায়ণনা তম্বীবা অহুগী মতৌগুম্না॥২১৮॥ থমোই থগৌ ঈশ্বরগী অসিগুম্বা মচৎনা ওইয়ে। মপান্দা হায়দনা থম্মোইদা অরেপ্পা মশকপু ফোংদোকপি॥২১৯॥

চিংনবা অমথক ঐগী থমোইদা লৈবে লেপপা ডমদরে। কৃপাবু তৌহুনা ঐডোন্দা মহুগী অবেপপদো হায়বিযু॥২২০॥ অহানবদা সন্ন্যাসগী মশক ওইনা নংবু উরম্মী। হৌজিক ঐনা নংবু কুচু শংবানবা গোপগী মশক্তো উরে।২২১॥ নংগী নমাংদা স্নাগী ফজববী ইবেম্মা অমগী মশকপু লৈরে। মাগী স্নাগী কুচুনা 'নংগী হকচাং পুম্নমকপু কুপশিনথরে॥২২২। মহুদগী নংগী চিন্দা বাণী থোকবা মশক্তো ফাওনা উরিয়ে। অয়াম্বা পূকচেনতনা মিৎনা থম্বাল ওইবা মহুদা তম্নাং তশোইদ্রি॥২২৩॥ মতৌ অসুমনা নংবু উবদা অত্তক্লা ঐগী ওইথরে। মসিগী ওইরিবা মরমদো হে প্রভু! লৌনমদনা হায়য়॥২২৪॥ প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণদা নংগী চেংনা কুংশিবনা ওইৎ ৫। প্রেমগী মশক্তি অসুক তৌবনি লেপান্না ৩॥২২৫॥ য়ামনা মতিক চাওবা বৈষ্ণবন অচৎপা, চন্দ্রবদা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৩৫ অধ্যায়ে ৫ শ্লোকঃ।

বনলতাস্তরব আত্মনি বিষ্ণুং ব্যঞ্জয়ন্ত্য ইব পুষ্পফলাঢ্যাঃ।
প্রণতভারবিটপা মধুধারাঃ প্রেমহৃষ্টতনবো ববৃষুঃ স্ম ॥৫৩॥

অন্বয়ঃ—পুষ্পফলাঢ্যাঃ— মহৈ, মপান্না চুম্লবা, প্রণতভারবিটপা— মশা নোপথবনা খুরুম্লবা, প্রেমহৃষ্ট তনবঃ—প্রেমনা হরাওবা হকচাং ওইবা, বনলতা —বনগী উরী পুম্নমকনা, তরবঃ— অমস্তুং উপান পুম্নমকনা, আত্মনি—মথোয়গী মবুংঙো ওইবা, বিষ্ণুং—শ্রীকৃষ্ণবু, ব্যঞ্জয়ন্তঃ ফোংতোকপা, ইব—গুম্না, মধুধারাঃ—হৈহিগী ধারা পিনা, ববৃষুঃ স্ম—ফাওনা চুথখি। ইতি ॥৫৩॥

উবদা। মত্থু মত্থুদা মাগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু ফাওবনা ওই।২২৬॥ চত্তবা অচৎপা জীবনা য়েংবদা মথোয়গী মশক্তো উদে। পুম্নমক্তা মাগী নিংজবা ইষ্টদেববু ফাওবকপা ওই ॥২২৭॥

অনুবাদ।—মানা অয়াম্বা জীবশিংদা মহাক্তী নিংজবা মবুংঙোগী মশক্তো উগদবা ওই। মাগী নিংজবা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা জীব পুম্নমকপু উগনি, মহাক্তো পোইদোকপা মতিক চাওবা বৈষ্ণবনি। ইতি ॥৫২।

অনুবাদঃ—মহৈ, মপান্না চুমলবা মশা নোপথবনা খুরুমলবা প্রেম্না হরাওবা হকচাং ওইবা বনগী উরী পুম্নমকনা, অমস্তুং উপান পুম্নমকনা, মথোয়গী মবুংঙো ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু ফোংতোকপা গুম্না হৈহিগী ধারা পিনা ফাওনা চুথখি। ইতি ॥৫৩

শ্রীরাধাকৃষ্ণদা য়ামনা নুংশিবা প্রেমনা নংগী ওইরে। যাহা-তাহাদা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা নঙোন্দা ফাওবনি। ॥২২৮॥ রায়না হায়—প্রভু নংনা মরৈ মবাদো থাদোকলো। ঐগী মাংদা নংগী নশকপু ছুরানবা তৌরগনু ॥ ২২৯ ॥ শ্রীরাধিকাগী পুকচেন কুচুবু লৌবনু তৌরগা। নংগী রসবু চাগে হায়বগীদমক্তা পোক্লমবনি ॥২৩০॥ নংগী মরুওইবা থবকতি নংগী প্রেমবু চাবনি। মরোন অহুমবু প্রেমগী মশক ওইহনবদি মতুংইন্না তৌবনি ॥২৩১॥ ইবুংঙোনা ঐবু লানুবিগদবনী লেংলক্লগা। হৌজিক লোনয়বু তৌগ্নিবা নংগী নচৎসিব্ন কবিনো? ২৩২॥ মতম অচুদা প্রভুনা নোকত্তুনা মঙোন্দা প্রভুগী অরেপ্পা মশক উহল্লে। শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীরাধাগা অনিনা অমতা ওইবা মশকনি।২৩৩॥ উজবদা রামানন্দনা লুংঙাইবদা য়াম্বা ওইথরে। হকচাংদো পুবা ডমদরে শ্রীচরন্দা কোন্দুনা লৈপাক্তা তাথরে ॥ ২৩৪ ॥ প্রভুনা মঙোন্দা খুৎনা শোকপদা জ্ঞানবু তাক্লে। বেশনা লৈত্তেংবা সন্ন্যাসগী মশক্তো উবদা পুক্লিংনা ডকপা ওইবে ॥২৩৫॥ প্রভুনা কোনবিতুনা মনাইদু তপথববু তৌহল্লে। নং নত্তনা অসিগুম্বা ঈশকপু কনাগুম্বা মীদা উহন্দে ॥ ২৩৬ ॥ ঐগী অবেপপা মশক লীলা রস পুম্নমক নংগী মাংদা লৈরে। মরম অহুনা অসিগুম্বা ঈশকপু নঙোন্দা উহল্লবনি ॥২৩৭॥ হকচাংদা স্নাবু ডমজবা কুচুসিদি ঐগী মত্তে শ্রীরাধাগী হকচাংবু শোকপদগীনি। শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণ নত্তনা অতোপপা মী অমনা মাবু (শ্রীরাধাবু) শোকতে ॥২৩৮॥ মাগী পুকচেন্দা ঐনা আত্মাস্থ, পুক্লিংস্থ লোইনা তিনশিনলগা। মতম অসিদা ঐগী মীপুক ছুবা রসবু ঐনা চারিবনি ॥ ২৩৯ ॥ নংগী নফমদা ঐগী অথুপপা থবক থজিক্তুংবু লৈতরে। অয়াম্বা অচেৎপা অথুপপা পুম্নমকপু লোৎলবদগী প্রেমগী পাঙল্লা নংনা থংলে ॥২৪০॥ থুম্না থম্মো, কদাইদস্থু ফোংতোকপবু তৌরকনু। ঐগী অভাওবগী মীওইসিদা জগৎ পুম্নমক্তা নোক্লরিবনি

২৪১॥ ঐনা অভাওবা ১নি, নংনা ২শুবা অভাওবনি। মরমদুনা নংগা ঐগা চপ মান্ননা ভাওমিন্নবে ॥২৪২॥ মতৌ অসুম্না অহিং তরা রামানন্দগা লোইনদুনা। প্রভুনা শ্রীকৃষ্ণভক্তিগী রাদা ২বাওনা মুংভাইবদা লেপ্লে ॥২৪৩॥ থুপলবা, ব্রজগী লীলা অমসুং রসগী মশক লেপলে। য়াম্না হায়রগা মাগী ভমথৈ অবো-মবা ফংবা ভমলোই ॥২৪৪॥ কোবি-সেন লুপা-স্না রত্ন চিন্তামণি ময়ামসি মবোন ২ লৈবা। কোং-কুৎ খনি অমা করিগুম্বা মফমদা কনাগুম্বনা ফংবা অদুগুম্বা ॥৩৪৫॥ মথং মথং লৌথোকলগা, অদুগুম্বা অথোইবা অবেপ্পা মশক রত্ন চিন্তামণিবু ফংই। অদুগুম্বা প্রভুগা বামানন্দগা হংনবা-খুম্নবা তৌদুনা ভক্তি-প্রেম-রসবু লেপ্পী॥ ২৪৬॥ মতুংগী নুমিত্তা রামানন্দগী মনাক্তগী বিদায় নিরকলে। বিদায়গী মতমদা মভোন্দা প্রভুনা য়াথং অসি পিবীরম্মি ॥২৪৭॥ বিষয়বু থাদোক্ত্না নংনা নীলাচলদা চংলম-মো। মতম খরদং তীর্থ চৎলূরগা ঐনা মতুদা লাক্কনি ॥২৪৮॥ ঐখোই অনিনা অমত্তা ওইনা পুন্দুনা নীলা-চলদা লৈমিন্নসি। মুংভাইবা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিগী রাদা মুংভাইনা মতম লেনসি ॥২৪৯॥ অসি হায়দুনা বামা-নন্দদা প্রভুনা কোনবীরগা। মাবু ময়ুমদা থাথরগা প্রভুসু ব্রাহ্মণগীদা লেংলক্ত্না চেপলরে॥ ২৫০॥ নোংভানবা মতমদা হৌগত্না প্রভুনা লৈরিবা হনুমানবু দরশন তৌই। মভোন্দা খুকনলগা প্রভুনা লেংববু তৌথরে ॥২৫১॥ বিদ্যাপুরদা লৈবা অয়াম্বা মীশিংনা অয়াম্বা মতৌ ওইবা। মথোয়গী মতৌদো থাদোকতুনা প্রভুবু উবদা বৈষ্ণব ওইরে ॥২৫২॥ রামা নন্দনা প্রভুগা কাইনবদা অরাবা অওকপা ওইরে। বিষয় পুম্নমক থাদোকতুনা প্রভুগী চরণবু নিংদুনা লৈরে ॥২৫৩॥ প্রভুগা রামানন্দগা তিল্লবা অসি সুপলপনা হায়বনি। অনন্তগী মচিন লিশিংনা সন্তোক্লা হায়বদা ভমত্রবনি ॥ ২৫৪ ॥ মহৌশাগী শ্রীচৈতন্যগী অরেপ্পা মচৎসি ফুইরবা থল্লবা শঙ্গোম নি। মতুদা রামানন্দগী লমচৎনা চিনি ওইনা চংথোক্না তিন্জরবনি ॥২৫৫॥ মতুদা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী লীলানা কর্পূর ওইন' তিল্লবনি। মসিবু মীদুনা চাজরবা মী মহাক্তো লাইবক ফরবনি ॥২৫৬॥ মসিবু মীদুনা নাকোংনা থোং ওইদুনা অমুক্তং থকখ্রবদা। মাগী নাকোংনা পামজবতনা মসিবু থাদোক্কদবদা ভম-লোই ॥২৫৭॥ মসি তাবদা অরেপ্পা পুম্নমকপু লোই-না খংগনি। শ্রীবাধাকৃষ্ণগী শ্রীচবন্দা প্রেম ভক্তিনা ফংগনি ॥১৫৮॥ শ্রীচৈতন্যগী অথুপ্পা অবেপ্পা মশক-পু মসিদগী খংগনি। থাজনা তাও, পুকিংদা চিংনবা - য়ানিংদবা তর্ক তৌগনু ॥ ২৫৯ ॥ মীওইবদগী থোইদোক্লা শাম্নবনি মসি থোইদোক্লা য়াম্না অথুপ্পনি। থাজরবদি ফংগনি চিংনদুনা য়া-নিংত্রবা তর্ক তৌরবদি য়ামনা লাপখ্রগনি ॥২৬০॥ শ্রী চৈতন্য, শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত তিন-প্রভুগী— শ্রীচরণ্না। মহাক্কী অয়াম্বা থমোইগী মরন ওইরবা মভোন্দা লন্ অসিনা তিল্লগনি ॥২৬১॥ শ্রীরামানন্দ-রায়দা ঐগী কোটিরক হন্না খুরুমজরি। মাগী চিন-তনা মরম ওইনা প্রভুনা রসগী মশকপু শন্তোকই ॥২৬২॥ স্বরূপ দামোদরনা ইরম্বা কড়চাগী মতুং ইন্জদুনা। রমানন্দগা তিল্লবা লীলাবু শন্তোকনা লেংজববু তৌবি ॥২৬২॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজদুনা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অরেপ্পা লমচৎপু ঐনা হায়জৈ ॥২৬৪॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা রামানন্দারায় তিল্লবদা হয়াওববু হায়বা নিপানশুবা পরিচ্ছেদনি।

# নবম পরিচ্ছেদ

নানামতগ্রহগ্রস্তান্ দাক্ষিণাত্যজনদ্বিপান্। কৃপারিণা বিমুচ্যৈতান্ গৌরশ্চক্রে স বৈষ্ণবান্ ॥১

তথাহি—

রামরাঘব রামরাঘব রামরাঘব পাহি মাম্। কৃষ্ণকেশব কৃষ্ণকেশব কৃষ্ণকেশব রক্ষমাং ॥২॥

**অন্বয়ঃ।**—সঃগৌরঃ—প্রসিদ্ধ ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গনা, নানামত-গ্রহ-গ্রস্তান্—মথল মথা য়াম্বা মমচৎনা লাইরেল ওইহুনা থোৎখ্রবা, দক্ষিণাত্যজনদ্বীপান্—দক্ষিণদা লৈবা মীয়াম শামুবু, কৃপারিনা—থৌজান্চক্রনা, বিমুচ্য—কোকহন্দুনা, এতান্—মথোযশিংবু, বৈষ্ণবান্—বৈষ্ণব ওইহনববু, চক্রে—তৌবিখি। ইতি॥১॥

**অনুবাদঃ।**— প্রসিদ্ধ ওইবা শ্রীগৌরাঙ্গনা মথল মথা য়াম্বা মচৎনা লাইবেল ওইহুনা য়োৎ-খ্রবা দক্ষিন্দা লৈবা মীযাম শামুশিংবু থৌজান চক্রনা কোকহন্দুনা মথোয়শিংবু বৈষ্ণব ওইহনববু তৌবিখি। ইতি ॥ ১ ॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু খু-রুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে শ্রীগৌবভক্তগী মপৈবু খুরুমজে ॥২॥ প্রভুগী দক্ষিন্দা লেংবসিদি য়ামনা থোইদোক্না অঙকপা ওই। তীর্থ লিশিং লিশিংবু স্নানবু, দর্শনবু তৌরিবনি॥২॥ অসিগুম্বা অয়াম্বা তীর্থশিংবু প্রভুনা শোকপদা মহাতীর্থ ওই। অসিগুম্বা মরৈ তৌবনা অসিগুম্বা দেশশিংগী মী-য়ামবু লান্‌বিরি ॥৩॥ তীর্থ লেংবগী তীর্থগী মথং মনাও নাইবদা ভমলরোই। ওইদা, য়েত্তা লৈবা তীর্থদা হন্দোক হল্লিল ওইনা লেংই ॥ ৪ ॥ মরম অতুনা মশিং মথৈতা ঐনা শিংথাববু তৌজগে। অতুমনা মাগী মথং মনাও মতুংইন্না হায়গদবদা ভমদরে ॥৫॥ হায়গুম্বা লম্বীদা লেংলকপদা মানা উবা ফংবদা। মানা থুন্দা লেংলকপা অতুগুম্বা থুনবী অয়াম্বা মীশিংনা ॥৬॥ "কৃষ্ণ হরি" শোল্লি ময়াম পুন্নবক্তো বৈষ্ণব ওইরে। মানা অতোম্বা থুনবুম্ন বৈষ্ণব ওইহন্দুনা মীয়ামবু লানবিরি ॥ ৭ ॥ দক্ষিণ দেশগী মীশিংগী মথল মথা যামথরে। কনানা জ্ঞানীনি, কনানা কর্ম্মীনি, পাষণ্ডী (বেদগী নিয়ম কায়বা) না ভমথৈ নাইথিদরে ॥৮॥ অসিগুম্বা অয়াম্বা মীশিংদো প্রভুবু উজবগী থোইদোকপা মতিকতনা। মাগী মাগী মচৎ থাদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী মনাই বৈষ্ণবতা ওইরে ॥ ৯ ॥ বৈষ্ণবকী মরক্তা অয়াম্বনা রামবু থৌগল্লমী। কনানা তত্ত্ববাদী—(অরেপ্পদা য়েৎপা) কনানা শ্রীবৈষ্ণব (শ্রীলক্ষ্মীনরা-য়ণ নীংবা) ওই ॥১০॥ শ্রীমহাপ্রভুগী মচৎ উবদা মথোয় পুম্নমক অসিনা বৈষ্ণব ওইরে। শ্রীকৃষ্ণবু থৌগনবা ওইরে, শ্রীকৃষ্ণগী নামতবু লৌজরে ॥১১॥

**২ শ্লোকো মধ্য ৭। ৩ শুবদা য়েংউ।**

অসিগুম্বা শ্লোকপু থিরহুনা প্রভুনা লম্বীদা লেংলক-পনা। গৌতমী গঙ্গাদা লেংহুনা মহুদা ইরুজরে ১২॥ মল্লিকার্জ্জুন তীর্থদা চত্তুনা মহাদেববু য়েংলরে। মহুদা মী-ময়াম্বু শ্রীকৃষ্ণগী হরিনামবু লৌহল্লে ॥১৩॥ দাসরাম মহাদেববু প্রভুনা দরশনবু তৌই। অহোবল নৃসিংহদা প্রভুনা কালাকৃষ্ণদাসনা থৌগন্নুনা লেংলকলে ॥১৪॥ শ্রীনৃসিংহবু য়েংহুনা মহোন্দা খুরুম্বা হায়জবা তৌরি। সিদ্ধবটতা

তথাহি—পদ্মপুরাণে শ্রীরামচন্দ্রস্য শতনামস্তোত্রে ৮ শ্লোকঃ।

**রমন্তে যোগিনোঽনন্তে সত্যানন্দে চিদাত্মনি। ইতিরামপদেনাসৌ পরং ব্রহ্মাভিধীয়তে ॥৩॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৬ স্ক ৯ অং ৪ শ্লোকঃ।

**কৃষিভূর্বাচকঃ শব্দো ণশ্চ নির্বৃতিবাচকঃ। তয়োরৈক্যং পরংব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্যভিধীয়তে ॥৪॥**

তথাহি - পদ্মপুরাণে উত্তরখণ্ডে শ্রীরামচন্দ্রস্য শতনামস্তোত্রে ৯ শ্লোকঃ।

**রাম-রামেতি রামেতি রমে রামে মনোরমে। সহস্রনামভিস্তুল্যং রামনাম বরাননে ॥৫।**

---

**অন্বয়ঃ**।—যোগিনঃ— যোগিনিংনা, অনন্তে— লোম্বা লৈতবা, সত্যানন্দে— অরেপপা মুংঙাইবগী মশক ওইবা, চিদাত্মনি—অথংবগী মশক ওইবদা, রমন্তে— মুংঙাইতুনা লৈ, ইতি—অসুমনা, রামপদেন—রাম হায়বা, অসৌ—মসিনা, পরংব্রহ্ম—অথোইবা ঈশ্বরনি, অভিধীযতে—লেপনা হায়রি। ইতি ॥৩॥

**অন্বয়ঃ** —কৃষিঃ— ধাতুনা, ভূবাচকঃ— ওইবা হায়রি, ণঃচ—ণ হায়বনসু, নিবৃতি রাচক - মুংঙাইবদা হায়, তয়োঃ—অরেপপা মুংঙাইবা অনিগী, ঐক্যম্—তিন্নবা (কৃষ্ণ+ণ অনিসি তিন্নবগা কৃষ্ণ হায়বসিনা ওইরে) কৃষ্ণঃইতি—কৃষ্ণ অসুম্না হায়রগা, পরংব্রহ্মাভিধীযতে— অথোইবা ঈশ্বরনি হায়রি।

**অন্বয়ঃ**—হে বরাননে—হে মাইথোং ফজবী, সহস্রনামভিঃ—শ্রীবিষ্ণু সহস্রনাম অমুক শোনবগা, রামরামেতি রামেতি—হে রাম হে রাম হে রাম অসুম্না অহুমলক শোনবগা, তুল্যম্—মান্নে, রামনাম— অসিগুম্বা রামগী নামনি, মনোরমে— নিংখিজবা, রামে— রামগী নামদা, রমে— শোনবদা ঐনা মুংঙাইবি। ইতি ॥৫॥

---

লেংলগা মতুদা সীতা পতি রামগী মূর্তিবু লৈয়ে ॥১৫॥ শ্রীরঘুনাথবু য়েংলগা প্রভুনা খুরুম্মী হায়জরকই। মতুদা ব্রাহ্মণ অমনা মডোন্দা নিমন্ত্রণবু কৎলে ॥১৬॥ ব্রাহ্মণ অসিনা তত্তুনা বামগী নামবু লৌতুনা শোল্লি। রামগী নামবু নত্তুনা অতোপ্পা রাবু মামা ভাংদে ॥১৭॥ অতুগী মুমিত্তা মাগী ময়ুমদা ভিক্ষা লৌরগা লৈরে। মাডোন্দা থোজানবীরগা প্রভুনা মাংদা লেংলকপনা ॥১৮॥ স্কন্ধ ক্ষেত্র তীর্থ গনেশবু দরশনবু প্রভুনা তৌররে। ত্রিমঠদা লাকলগা মতুদা ত্রিবিক্রমবু যেংলবদগী ॥১৯॥ অমুক হন্না সিদ্ধিবটতা লাকতুনা ব্রাহ্মণ অতুগী ময়ুমদা লেংসিল্লে। অতুগুম্বা ব্রাহ্মণদুনা অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু লৌরম্মী ॥২০॥ প্রসাদী কংলগা মহাপ্রভুনা মডোন্দা হংলকই। হায়রু ব্রাহ্মণ। [illegible] [illegible] করি [illegible] তৌরতুনা ॥ ২১ ॥ [illegible] [illegible] অতৎ অকাং লৈতনা রামগী নাম শোনবদা লৈহোই। হৌজিক করি তৌবদগীনে, তত্তুনা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শোল্লে ॥ ২২ ॥ ব্রাহ্মণনা হায়—মসিবু নংগী শ্রীচরণবু উজবগী মতিকনি। নংবু উবদগী ঐগী অভাং ওইরিভেদগী চৎচরকপা লমচৎ কোকখবে ॥২৩॥ ঐগী অভাং ওইরিভেদগী রামগী নামবু লৌতুনা শোপ্পবকপনি। নংবু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী নামনা লাকতুনা অমুক্তং শোনখি ।২৪। মতুদগী শ্রীকৃষ্ণগী নামনা ঐগী লৈরেংদা ফমথরে। কৃষ্ণগী নামনা ফাওরকুবদা, রামগী নাম অরাপপদা চৎথরে ॥ ২৫ ॥ অভোং ওইরিভেদগী রামগী নামদা ঐগী হৈনবা অমা ওইশ্রবনি। নাম মহিমপু, মগুণবু লাইরিক্কা থোমজিনববু তৌরিয়ে ॥২৬॥

**অনুবাদঃ**।—যোগিশিংনা লোম্বা লৈবা অরেপ্পা মুংঙাইবগী মশক ওইবা অথংবগী মশক ওইবদা (রামগী নামদা) মুংঙাইদুনা লৈ। অসুম্না রাম হায়বা

তথাহি - শ্রীহরিভক্তিবিলাসস্ত ১১ বিলাসে ২৫৮ শ্লোকধৃতব্রহ্মাণ্ডপুরাণীয়বচনম্।

সহস্রনাম্নাং পুণ্যানাং ত্রিরাবৃত্ত্যাতু যৎফলম্। একাবৃত্ত্যাতু কৃষ্ণস্য নামৈকং তৎ প্রযচ্ছতি ॥৬॥

অন্বয়ঃ।—পুণ্যানাং—শেংলবা, সহস্রনাম্নাং—শ্রীবিষ্ণু সহস্রনামগী, ত্রিরাবৃত্ত্যাবু -হন্না হন্না অহুম শোনবনা, যৎফলং—অতুগুম্বা মহৈ ওইবা, একাবৃত্ত্যা - অমুক্তংতা শোনবা, কৃষ্ণস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, নামৈকম্—নাম অমত্তনা, তৎ—অতুগুমবা মহৈবু, প্রযচ্ছতি—পী। ইতি ॥ ৬ ॥

অসিনা অথোইবা ঈশ্বরনি লেপনা হায়রি ॥ ইতি।

অনুবাদঃ।— (কৃষ) হায়বা ধাতুনা ওইবদা হাব (ণ) হায়বনা মুংঙাইববু হায়, অনি অসিনা তিসিন্লগা (কৃষ্ণ) অমুম্না হায়রি। কৃষ্ণ—হায়বনা অথোইবা ঈশ্বরনি হায়রি। ইতি॥ ৪ ॥

নাম অনি অসি অথোইবা ঈশ্বর ভাক্তনি মান্নবা ওইরে। অমদি অমুক হন্না লাইরিক্তা থজিক্তবু কংই ॥ ২৭ ॥

অনুবাদঃ— শ্রীমহাদেবনা-হে মাইথোং ফজবী। অসিগুম্বা রামগী নাম অসি হেবাম-হেবাম অমুম্না হেরান অহুমলক শোনবগা শ্রীবিষ্ণু সহস্রনামবু অমুক শোনবগা মান্নে। অতুনা নিংথিজরবা রামগী নামদা শোনবদা ঐনা মুংঙাইহরি, ইতি ॥৫॥

অনুবাদঃ।-শেংলবা শ্রীবিষ্ণুগী সহস্রনামগী অহুমলক হন্না শোনবনা অতুগুম্বা মহৈ ওইবদো শ্রীকৃষ্ণগী অমতংতা ওইবা নাম্বু অমুক্তংতা শোনবনা অতুগুম্বা মহৈবু পী। ইতি ॥৬॥

হায়রিবা অসিনা কৃষ্ণনামগী মহিমা (মতিক) ভমথৈ নাইদে। ওইতুনমকপু কৃষ্ণনাম্বু লৌবদি ভমদে মতুগী মরমদো তারো ॥ ২৮ ॥ শ্রীবামনা ঐগী নিংজবা ঈশ্বরনি মাগী নামদা মুংঙাইবা কংই। মুংঙাইবা ফংতুনা রামগী নামসিবু অহিং মুংথিন্দা শোল্ল শকচরি ॥ ২৯ ॥ নংগী শ্রীচরণবু উবা মতমদা কৃষ্ণগী নাম্না লাকলে। মহাককী মতিকনা অমুমনা ঐগী পুকনিংদা পকথরে ॥৩০॥ অতুগুম্বা কৃষ্ণদো সংসংবা নংনি, মসিদা অমুমনা লৌজবে। অসি হায়রগা ব্রাহ্মণনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা তাথরে ॥৩১ ॥ মতোন্দা খোজানবীরগা প্রভুনা মতুংগী মুমিত্তা চংথরে। বৃদ্ধকাশীদা লাক্লুনা শিববু দরশনবু প্রভুনা তৌবরে ॥ ৩২ ॥ মতুদগী মাংদা চংখিতুনা খুন অমদা চংলি। ব্রাহ্মণময়াম তীল্লম্মী মতুদা প্রভুনা পোখাতুনা লৈ ॥ ৩৩ ॥ প্রভুগী মতিকনা প্রভুবু য়েংনবগীদমকতা মী ময়াম লাকলে। লক্ষ-অর্বুদ লাকইবা মীশিংদো শিংথাবা ভমখিদরে। ৩৪ ॥ গোসাঞিগী নিংথিজবা উবা অতুদা প্রেমদা চংথরে। পুম্নমক্না কৃষ্ণবু শোল্লে, দেশগী মী পুম্নমক বৈষ্ণব ওইরে ॥ ৩৫ ॥ তার্কিক মীমাংসক (অয়েৎপা, মীমাংসহৈবশিং) চুমদবা ভাংবশিংনা। সাঙ্খ্য, পাতঞ্জল, স্মৃতি, পুরাণ আগম পুম্নমকসি তত্ত্বশিংনা ॥৩৬॥ মাগী মাগী লাইবিক্তনা পুম্নমক্তুনা মথোনানা লিংখৎলরে। অয়াম্বা মচৎ লিংখৎপদো লালহল্লগা প্রভু। তা-ভান তোভান তাহল্লি ॥৩৭॥ পুম্নমকতা প্রভুনা ভক্তিবু হাপসিনখ্রে বৈষ্ণবকী অপাংবা য়াহৈনা প্রভুগী সিদ্ধান্তবু কনানা ককদবদা ভমনখিদরে ॥৩৮॥ মাংলে মাংলে প্রভুগী মরমচত্তা পুম্নমক চংশিনখবে। মতৌ অমুমনা প্রভুনা দক্ষিণ দেশবু বৈষ্ণব ওইহল্লে ॥৩৯॥ প্রভুগী হৈশিংবা তারদুনা পাষণ্ডীশিংনা লাকলে। লোয়নবা শিষ্যশিংনা পুতুনা নাপন তৌনা বৌদ্ধাচার্য্যনা লাকলে ॥৪০॥ বৌদ্ধাচার্য্য মহাপণ্ডিতনা মাগী অনৌবা শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবা মচত্তো। প্রভুগী মাংদা লিংখত্তুনা হায়বা

হৌরকলে ॥৪১॥ তৌইগুম্বস্থং বৌদ্ধাচার্য্যদো ঙাং-নফদ্রবা তিন্নফদ্রবা ওইরবনী। ওইহুনমকপু নাপন ককথৎনবগীদমক্তা প্রভুনা য়া ঙাংনখি। ৪২॥ তর্ক-গী অথোইবা বৌদ্ধাচার্য্যনা শ্রীকৃষ্ণবু য়াদবা লাই-রিককী অনৌবা মচৎপু লিংথৎলরে। তর্কগী মচৎপু প্রভুনা ককথৎলে লিংথৎপদা ঙমদবে ॥ ৪৩ ॥ বৌদ্ধাচার্য্যনা অনৌবা শেমজনবা পুম্নমক্কো লিংথৎ-লকলে। অযাবা অবেপ্পা য়াহৈনা তোঙান তোঙান তাহল্লে ॥৪৪॥ দার্শনিক পণ্ডিত ময়ামনা মাইথিবা ফংলে। মীয়ামনা নোক্লেয়ে বৌদ্ধাচার্য্যগী অকিবা ইকাইবা ওইবে ॥ ৪৫ ॥ বৌদ্ধনা মযুমদা চৎলগা প্রভুবু বৈষ্ণবনি থংহুনা। অদুগী মতুংদা অয়ামবা বৌদ্ধশিং তিন্নহুনা ফত্তবা য়া তামহুনা প্রভুবু ॥৪৬॥ ইকাইবা পীগদবগী শেংত্রবা চাক্কো পুথম অমদা হাপ্তুনা। শ্রীকৃষ্ণগী প্রসাদীনি হাযহুনা প্রভুগী মাংদা পুরক্লে ॥৪৭॥ মতম অদুদা য়ামনা চাওবা উচেক অমনা পাইরকতুনা। মচিন্না চিক্তুনা চাকক লোয-ননা পুথস্থু পুহুনা পাইথংখ্রে ॥৪৮ বৌদ্ধশিংগী মখক্তা চাকনা অমাংবা ওইহুনা থাদরকলে। বৌদ্ধা-চার্য্যগী মকোকতা তমহুনা পুথমদো ঙংহুনা তারকলে ॥ ৪৯ ॥ চেপনা পাইশিন্দুনা পুথমহুনা মকোকতা য়ানথাইববে। রাংথহুনা আচার্যদো লৈপাক্তা তাথবে ॥৫০॥ হাহাকার লাওহুনা শিষ্য-শিংনা য়ামনা কপলকলে। পুম্নমক্তা লাকতুনা প্রভুগী চবন্দা চংজবরে ॥৫১॥ ইবুংঙোদি সংসারা ঈশ্বরনি অপবাধবু ঙাকপিযু। ঐথোয়গী গুরুবু হিংহনবিযু, ঐথোয়বু থোজানবীযু ॥৫২॥ প্রভুনা হায়—পুম্নমক্তা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ হবি" শোল্লু। গুরুগী নাকোংদা কৃষ্ণগী নাম্থু থোঞ্জেন য়াংনা শোল্লুরো ॥৫৩॥ নখোই পুম্নমকী গুরুনা মতমহুদা জ্ঞানবু লাক্কনি। অয়াম্বা বৌদ্ধশিংনা, কৃষ্ণকীর্ত্তনবু পুনসিন-লগা তৌরকলে ॥ ৫৪ ॥ গুরুগী নাকোংদা কৃষ্ণ রাম হরি শোল্লে। জ্ঞান ফংলকলে আচার্য্যহৌগৎ লবদা হরি শোল্লি ॥৫৫॥ কৃষ্ণ শোন্দুনা আচার্য্যনা প্রভুদা নোল্লুকথরে। উহুনা মীয়াম পুম্নমক্তা অঙকপা ফংথরে ॥৫৬॥ মতৌ অস্মুম্না শচিগী মচানা হবাওববু তৌই। অদুদগী প্রভুনা লেংথরে কানানস্থ উবা ফংদরে ॥ ৫৭ ॥ শ্রীমহাপ্রভুনা চৎলকপনা ত্রিপদি ত্রিমল্লদা লাকলে। বেঙ্কটচিংদা পাম্বোম মরি পানবা শ্রীবিষ্ণুবু য়েংলগা ॥ ৫৮ ॥

ত্রিপদীদা লাক্কুনা শ্রীবামচন্দ্রবু দরশন তৌরে। শ্রীরঘুনাথগীমাংদা খুরুমহুনা হায়জবকই ॥৫৯॥ মাপী মতিক মগুণতনা মী পুম্নমক ঙকতুনা বৈষ্ণব ওইখরে। প্রভু দয়াময়না পানা নৃসিংহদা কালা-কৃষ্ণদাসগা লেংলক্লে ॥ ৬০ ॥ শ্রীনৃসিংহদা খুরুম্মী হায়জৈ প্রেমদা চংহুনা কপ্পী। প্রভুগী গতিকপু উবদা মীনা ঙকলে বৈষ্ণব ওইরে ॥৬১॥ শিবকাঞ্চীদা লাকতুনা মহাদেব দরশন তৌরে। মতিক্তনা মগুণ-তনা শিবগী মনাই পুম্নমক বৈষ্ণব ওইখবে ॥৬২॥ বিষ্ণুকাঞ্চীদা লাক্কুনা শ্রীলক্ষ্মী নারায়ণবু দরশন তৌবৈ। খুরুমলগা প্রভুনা য়াম্না হায়জববু তৌরকই ॥৬৩॥ প্রেমদা চংহুনা জগোই শাই ঈশৈ য়াম্না শকই ॥ অমিৎ নিনি লৈহুনা মীয়াম্থু শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তা ওইহল্লি ॥ ৬৪ ॥ ত্রিকাল হস্তিদা চত্তুনা ত্রিমলবু প্রভুনা দরশন তৌরৈ। মহাদেববু য়েংহুনা মঙোন্দা খুরুম্ববু তৌবকলে ॥ ৬৫ ॥ পক্ষতীর্থদা চত্তুনা শিব দবশনবু প্রভুনা তৌই। অদুগী মতুংদা বৃদ্ধকোলতীর্থদা চৎখরে ॥৬৬॥ শ্বেতবরাহবু য়েংহুনা প্রভুনা মঙোন্দা খুরুমজৈ। পীতাম্বর শিবগী মফমদা শ্রীগৌরহরিনা চৎলগা ॥ ৬৭ ॥ শিয়ালী ভৈরিবী দেবীবু দরশন তৌররে। কাবেরীগী মপান্দা শ্রীশচী-গী মচানা লাকলে ॥ ৬৮ ॥ বেদাবন্দা লাকতুনা গোসমাজশিব য়েংজররে। মহাদেববু য়েংলগা মঙোন্দা খুরুম্ববু তৌই ॥ ৬৯ ॥ অমৃতলিঙ্গ শিববু

লাকতুনা দর্শনবু তৌররে। অয়াম্বা শিবালয়দা শিবগী মনাইশিংবু বৈষ্ণবপু ওইহল্লি ॥ ৭০ ॥ দেবস্থান্দা লাক্তুনা শ্রীবিষ্ণুবু দর্শন তৌবৈ। শ্রীবৈষ্ণবশিংগা লোয়নদুনা অতৎপা লৈতনা ভক্তিবু উৎনৈ ॥৭১॥ কুম্ভকর্ণ কপাল সবোবরবু দর্শন তৌববে। শ্রীগৌবসুন্দরনা শিবাক্ষেত্রদা শিববু য়েংলরে ॥৭২॥ পাপনাসন্দা শ্রীবিষ্ণুবু দর্শন তৌররে। মতুং অদুদা শ্রীবঙ্গক্ষেত্রদা প্রভুনা লাক্লে ॥৭৩॥ কাবেবীদা ইকজবগা শ্রীবঙ্গনাথবু য়েংলৈ। খুকুমজৈ, হাযজৈ মহৈ য়াল্লে নিংজৈ ॥৭৪॥ প্রেমদা চংদুনা অযাম্বা ঈশৈ শকপা জগাই শাবা তৌই। উবদা অয়াম্বা মীশিংনা অচকপা ওইথরে ॥ ৭৫ ॥ শ্রীবৈষ্ণব বেঙ্কটভট্ট কৌবা অমথকনা। প্রভুদা ইকাই খুম্নবা ওইনা নিমন্ত্রণ কৎলে ॥৭৬॥ মাগী মযুমদা পুরক্তুনা পেভুগী পাদবু শেংতাক্লে। অদুগুম্বা চবণামৃতবু মাগী শাগৈদা থকহল্লি।' ৭৭ ॥ ভিক্ষাপ্রসাদবু ফংহল্লগা খজিক্তংব্ হঙ্গংলকই। প্রেভু! চাতুর্মাস্যগী ব্রত লাক্তুনা থুংলবা ওইবে ॥৭৮॥ ( শ্রীহবিশয়ন একাদশীদগী হবিউথান একাদশী ফাওবা চাতুর্মাস্যব্রতনি) চাতুর্মাস্য অসি কৃপানা ঐগী যুমদা লৈবীরো। শ্রীকৃষ্ণগী রা হায়দুনা কৃপাদগী ঐবু লানবীযু ॥ ৭৯ ॥ প্রভুনা মাগী মযুমদা লৈরগা শ্রীকৃষ্ণগী রসগী রাতা। ডাংন শান্নদুনা বেঙ্কটভট্টগা নুংডাইনা, থা ৪ লেল্লে ॥৮০॥ কাবেবীদা ইরুজৈ শ্রীবঙ্গনাথবু দর্শন তৌই। নুমিৎ খুদিংগী প্রেমদা চংলবদা জগোইবু শাবকই। ৮১ ॥ নিংথিজবা প্রেমদা চংদুনা ফজবা উবদা মীয়ামন'। য়েংগদবগী লাকপদা পুম্নমক্কী অৱাবা নুংনাংবা কোকথরে ॥৮২॥ অয়াম্বা দেশদগী মীয়াম লক্ষ লক্ষ লাক্লবদা। প্রভুবু উরবদা পুম্নমক্না শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু শোল্লে ॥ ৮৩ ॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম নত্তুনা কনানা— অতোপপা অমা ডাংদে। পুম্নমকনা কৃষ্ণগী ভক্ত ওইরে মীয়ামনা ডকথরে ॥৮৪॥ শ্রীরঙ্গক্ষেত্রদা লৈবা অয়াম্বা ব্রাহ্মণশিংনা। নোংমা নোংমদা পুম্নমক্না প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরৈ ॥ ৮৫ ॥ নোংমা নোংমদা চাতুর্মাস্যবু চুপথরে থনথরে। ব্রাহ্মণ কয়ামক্নমদি ভিক্ষাগী নুমিৎ ফংদরে ॥ ৮৬ ॥ রঙ্গক্ষেত্রদা লৈবা বৈষ্ণব ব্রাহ্মণ অমথকনা। দেবালয়দা ফমদুনা গীতাবু থীজবি পাজরি ।।৮৭।। অধ্যায় তরানিপান পাবদা নুংডাইবদা চংথরে। শেংতোক্তুনা পারে হাযনা মীয়ামনা নোক্লরি ॥৮৮॥ কনানা নোকনৈ কনানা চৈবা পুম্নমকপু শাওজদে। গীতাবু পাবদা চংদুনা পুকনিংনা নুংডাইজৈ ।।৮০।। পারিবা অদুকী মথৈ পি তাই. তুজুংই, নিকই, হমাং শৌই। উবদা মহাপ্রভুগী পুক্নিংনা নু'ডাইবা ওইথবে ।। ৯০ ।। মহাপ্রভুনা মডোন্দা হংই তাবরা মহাশয। করি অর্থবু থংদুনা নংগী অদুক নুংডাইবা ওইরিবা ॥৯১।। ব্রাহ্মণমা হায়. অপংবনি ঐদি শব্দগী অর্থবু খংজদে। অশেংবা শেংদবা থংজদে গুরুগী য়াথংনা গীতা পাজবনি ।। ৯২ ।। অর্জ্জুনগী দোলাইদা শ্রীকৃষ্ণনা চুকলি পায়বা ওইদুনা। খুত্তা শাজৈ পায়দুনা সংবানবা ফজবা কৃষ্ণনা ফমদুনা লৈবগা ।।৯৩।। অর্জ্জুন্দা অফববু হায়দুনা ভক্তিবু কৃষ্ণনা তাকপিরি। মদুবু উবদা ঐগী পুকনিংনা নুংডাইবদা চংবা ওইবনি ।।৯৪।। অদুকী মথৈ পাজবা অমুককী মথৈ মাবু উবা ফংই। মবম অসিনা গীতা পাবা ঐগী পুকনিংনা থাদোকচদ ।।৯৫।। প্রভুনা হায় গীতা পাবদা নংনা রায়েন চুম্বা ওইরে। নংনা মদুবু থংলিবা— মদুনা গীতাগী অরেপপা অর্থনি।' ৯৬ ।। অসি হাযদুনা অদুগুম্বা ব্রাহ্মন্দা প্রভুনা কোনবিরে। প্রভুগী চবন্দা কোন্দুনা ব্রাহ্মণমা হায়জববু তৌরকলে ।।৯৭।। নংবু উবনা মদুদগী শরুক ২

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ১৬ অধ্যায়ে ৩১ শ্লোকঃ।

কস্যানুভাবোঽস্য ন দেব বিদ্মহে তবাঙ্ঘ্রিরেণুস্পর্শাধিকারঃ।
যদ্বাঞ্ছয়া শ্রীর্ললনাচরত্তপো বিহায় কামান্ সুচিরং ধৃতব্রতা॥৭॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ব্ববিভাগে, সাধনভক্তিলহর্য্যাং ৩২ শ্লোকঃ।

সিদ্ধান্ততস্ত্বভেদেঽপি শ্রীশকৃষ্ণস্বরূপয়োঃ রসেনোৎকৃষ্যতে কৃষ্ণরূপ মেষারসস্থিতিঃ॥৮॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৪৭ অং ৩৫ শ্লোকঃ।

নায়ং শ্রিয়োঽঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোঽন্যাঃ।
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ডগৃহীতকণ্ঠলব্ধাশিষাং যউদগাদ্ ব্রজসুন্দরীণাম্॥৯॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮৭ং অ ১৯ শ্লোকঃ।

নিভৃতমরুন্মনোঽক্ষদৃঢ়যোগযুজো হৃদি যন্মুনয়উপাসতে তদরয়োঽপিযযুঃ স্মরণাৎ।
স্ত্রিয় উরগেন্দ্রভোগভুজদণ্ডবিষক্তধিয়ো বয়মপি তে সমাঃ সমদৃশোঽঙ্ঘ্রি সরোজসুধাঃ॥১০॥

**অন্বয়ঃ**—সিদ্ধান্তঃ—চান্নবা অরেপ্পদি, শ্রীশকৃষ্ণস্বরূপয়োঃ— শ্রীনারায়ন্নে শ্রীকৃষ্ণনে অনিগী মশকনা, অভেদে অপি—তোভান্দ্রবস্থ, তু —হন্না, রসেন – রসমক্তুনা, কৃষ্ণরূপং— শ্রীকৃষ্ণগী মশকনা, উৎকৃষ্যতে —হেল্লি, এষা—মসিনা, রসস্থিতি—রসনা পুকচেন ওইনা লৈবনি। ইতি॥৮॥

হেন্না মুংঙাইখবে। অতুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা নংনি, অতুমনা ঐগী পুকনিংদা লৌজবি॥৯৮॥ শ্রীকৃষ্ণ কাণ্ডবতনা মাগী পুক্নিংনা লুববা ওইথারে। মবম অতুনা প্রভুগী তত্ত্ব লোইনা পুন্নমকপু খংজরে॥৯৯॥ অতুগী তুংদা প্রভুনা মতোন্দা তস্বীববু তৌরকলে। হায়রিবদো কনাদা ফোংতোকপবু তৌকপতু॥১০০॥ ব্রাহ্মণ অসিনা মহাপ্রভুগী মনাই ভক্ত ওইরে। থা মরি চুপনা প্রভুবু থৌগল্লি কবিশুম্বদা থাদোকখিদবে॥১০১॥ মতৌ অসুম্না ভট্টগী মথুমদা লৈবদা গৌরচন্দ্রনা। অতৎপা লৈতনা ভট্টগা লোয়নতুনা কৃষ্ণগী রাতনা মুংঙাই॥ ১০২॥ ভট্টনা শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণগী সেবা তৌরা শ্রীবৈষ্ণবনি। মাগী ভক্তি চেৎপা উবদা প্রভুগী পুকনিংনা পেল্লে॥১০৩॥ অতৎপা লৈতনা প্রভুনা মরুপকী পুকচেন্দা মাগা লোয়নৈ। মরুপকী মচৎনা অনিমক্তা নোক্ল হাযনবা তৌবে॥ ১০৪॥ প্রভুনা হায— হে ভট্ট। নংগী শ্রীলক্ষ্মীঠাকুরাণীনা। মপুরোইবা নারায়ণগী থবাক্তা লৈজবী মপুরোইববু চাকহেন্নবীশিংগী কোক্তী মণিনি॥১০৫॥ ঐগী ইবুংভো শ্রীকৃষ্ণনা গোপনি যগ শেল্লি। সতী ওইরগা কবিগী কৃষ্ণগী সঙ্গমবু নিজরিবা? ॥১০৬॥ মবম অসিগীদমক মুংঙাইবা শরুকপু থাদোক্তুনা মতম কুইনা। ব্রতগী নিয়ম তৌতুনা তপপু ওমখৈ নাইদনা তৌবি॥১০৭॥

৭, শ্লোক্তী মধ্য ৮।১৩৪, শুবদা য়েংউ।

ভট্টনা হায— শ্রীকৃষ্ণগা নারায়ণগা মশা অমতনি। শ্রীকৃষ্ণদা থোইদোকপা লীলা শান্নহেবা মশক ওইযে॥১০৮॥ মাবু শোকপদা পতিব্রতাগী লমচৎপু কায়দে। শ্রীলক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্গমগী মুংঙাইববু নিজবতনি॥১০৯।

**অনুবাদঃ**—চান্নবা অরেপ্পদি শ্রীকৃষ্ণনে শ্রীনারায়ন্নে অনিগী মশকনা তোভান্দ্রবস্থ, হন্না রসমক্তুনা শ্রীকৃষ্ণনা হেল্লি। শ্রীকৃষ্ণ অসিগী রসনা পুকচেন ওইতুনা লৈবনি। ইতি॥৮॥

শ্রীকৃষ্ণবু থোগনবদা মপুরোইবগী চাকহেনবগী মচৎ

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৯ অং ১১ শ্লোক ।

**নায়ং সুখাপো ভগবান্ দেহিনাং গোপীকাসুতঃ। জ্ঞানিনাং চাত্মভূতানাং যথাভক্তিমতামিহ ॥১১॥**

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৩ অধ্যায়ে ২৮ শ্লোকঃ।

**এতেচাংশকলাঃ পুংসঃ কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ম্। ইন্দ্রারিব্যাকুলং লোকং মৃড়য়ন্তি যুগে যুগে ॥১২॥**

কাইদে। মাংদে অমদি থোইদোকপা রাস শান্নববু ফংনিংবনা পামজতুনা ॥১১০॥ বিনোদিনী লক্ষ্মীগী শ্রীকৃষ্ণদা অপাম্বা ওইজবনি। মসিদা কবি কাইবগে কবিগী নোকনববু তৌবিরিবা ? ॥১১১॥ প্রভুনা হায় অকাইবা পৈতে মসিদা ঐনা থংই। শ্রীলক্ষ্মীনা বাসবু ফংদে গায়বসি লাইবিক্তা ঐনা তাই ॥১১২॥

**৯, শ্লোক্কী মঃ ।৮।৪৮ শুবা শ্লোক্তা য়েংউ,**

শ্রীলক্ষ্মীনা কবিগী ফংদ্রিবা মসিগী মবম কবিনো ? নিংলগ — করম্না শ্রুতি কন্যাশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলিবনো ॥১১৩॥

**১০, শ্লোক্কী মঃ ৮।৪৭। শুবা শ্লোক্তা য়েংউ,**

শ্রুতিনা ফংউ, লক্ষ্মীনা ফংদে মসিদা কবি মবননো। ভট্টনা হায় — মসিদা চংগদবদা ঐগী পুক্নিংনা চমদরে ॥ ১১৪ ॥ ঐনা রাখল নৈতবা মহোশানা তপুরবা জীবনি ঐদি থংদে। সমুদ্র কোটিগী অসুকপদগী হেনবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলানি ॥ ১১৫ ॥ অদুগুম্বা সংসংবা শ্রীকৃষ্ণনি নংনা নংগী থবকপু থংবনি। নংগীলীলাগী অথুপ্পা মশক্তো মডোন্দা থংহনবা মানা থংই ॥১১৬॥ প্রভুনা হায শ্রীকৃষ্ণগী অওকপা- ওইথোক্কবা - থোইদোকপা মগুণ অমা লৈ। লৈরিবা মাগী মীপুক হুবাগুম্না মতম পুম্নমক্তা পুম্নমকপু চিংশিল্লি ॥১১৭॥ মহাক্কী চরণবু ব্রজবাসিশিংগী পুকচেনতনা ব্রজদা ফংই। মাবু ব্রজবাসিশিংনা "ঈশ্বরনি" হায়না থংদে ॥ ১১৮ ॥ কনানা মাবু মচানি থংবতনা লেপ-সুম্বন্দা পুল্লি। মাবু কনানা ইতাওনি থংদুনা লেংবান্দা তোংবা উম্মী ॥ ১১৯ ॥ মাবু শ্রীনন্দগী মচানি থংলিযে ব্রজগী মীশিংনা। তৌবা উম্বাগী রাখল তৌদে, মথোইগী মরিনি থন্দুনা ॥১২০॥ ব্রজদা লৈবশিংগী পুকচেনতনা মীতুনা নিংববু তোবকপা অদুগুম্বা মীতুনা ব্রজদা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু ফংলি ॥১২১ ॥

**১১, শ্লোক্কী ম' ৮।৯১ শুবদা য়েংউ।**

শ্রুতিশিংনা গোপীশিংগী মতুংইনবা ওইনা। শ্রী যশোদাগী মচা কৃষ্ণবু গোপীগী পুকচেন লোতুনা নিংবনা ॥১২২॥ মশাদগী অতোপ্পা গোপীগী হকচাংবু ব্রজদা ফংবা মতম অদুদা। গোপীগী হকচাং অদুনা শ্রীকৃষ্ণগা শোবনদুনা বাস লীলাবু শান্নে ॥১২৩॥ শ্রীকৃষ্ণনা গোপ জাতিনি, গোপীনা মহাক্কা চান্নবানি। লাইগী মুপী অমগুং অতোপ্পা মুপীবু শ্রীকৃষ্ণনা লোদে ॥১২৪। লক্ষ্মীনা হকচাং অদুমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গম লীলাবু ফংগে নিংই। গোপীশিংগী মতুং ইন্দুনা লক্ষ্মীনা নিংবা তৌদে ॥১২৫ অতোপপা হকচাংনা শ্রীকৃষ্ণগী রাস শান্নবা ফংদে অদুনা লক্ষ্মীনা ফংদবনি। মবম অদুনা বেদব্যাসনা "নায়ং" শ্লোকসিবু হায়বিবনি ॥১২৬॥ হান্না ভট্টগী পুকনিংদা নাপন অমা লৈরম্মী। (শ্রীনারায়ন্না স্বয়ং ভগবান্ ওইবনি) ॥১২৭॥ মহাক্কী ভক্তি তৌবনা অথোইবনি, পুম্নমকনা অপিকপা ওইহল্লি। শ্রীলক্ষ্মীনারায়ণ নিংববু শ্রীবৈষ্ণব ভজন্নি মসিদা পুম্নমক্কী মথক থোংই ॥১২৮॥ অসিগুম্বা মাগী নাপনবু প্রভুনা কক্থৎপিগে হায়দুনা। ফাগিগী থোং ওইনা প্রভুনা অসুক ওইবা রাহৈবু হায়দোকলকই ॥১২৯॥ প্রভুনা হায় হে ভট্ট! নংনা চিংনগন্নু অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশক্তা স্বয়ং ভগবান্নি ॥১৩০॥ শ্রীকৃষ্ণগী হম্বনা শান্নথোকপা মশক্তি শ্রীনারায়ন্দি। মরম অদুনা শ্রীলক্ষ্মীনচিংবীগী পুক্নিংবু কৃষ্ণনা

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ ২ লহর্য্যাং ৩২ শ্লোকঃ।

সিদ্ধান্ততস্ত্বভেদেঽপি শ্রীশকৃষ্ণস্বরূপয়োঃ। রসেনোৎকৃষ্যতে কৃষ্ণরূপমেষা রসস্থিতিঃ ॥১৩॥

তথাহি—ললিতমাধবে ৬ অং ১৪ শ্লোকেস্থর্য্যপত্নীং সুবর্ণাং প্রতি বিশাখাবাক্যম্।

গোপীনাং পশুপেন্দ্রনন্দনজুষে। ভাবস্য কস্তাং কৃতী বিজ্ঞাতুং ক্ষমতে দুরূহপদবী সঞ্চারিণঃ পক্রিয়াম্।
আবিষ্কুর্ব্বতি বৈষ্ণবীমপি তনুং তস্মিন্ ভুজৈর্জিষ্ণুভির্যাসাং হন্ত। চতুর্ভিরদ্ভুতরুচিং রাগোদয়ঃ কুঞ্চতি ।১৪।

তথাহি—লঘুভাগবতামৃতে পরাবস্থাপ্রকরণে ১৪৭ শ্লোকে নারদপঞ্চরাত্রবচনম্।

মণির্যথা বিভাগেন নীলপীতাদিভির্যুতঃ। রূপভেদমবাপ্নোতি ধ্যানভেদাত্তথাচ্যুতঃ ॥১৫॥

---

**অন্বয়ঃ** যথা—অদুম্ন', মণিঃ—মণিনা, বিভাগেন—মথন্না মরম ওইদুনা, নীলপীতাদিভিঃ— অশংবা নাপুনচিংবনা, যুত—তিল্লি, তথা—মদুম্না, অচ্যুত—শ্রীকৃষ্ণনা, ধ্যানভেদাৎ—তোপ্পা নিংবদগী, রূপভেদম্—তোঙানবা মশকপু. অবাপ্নোতি -ফংই। ইতি ॥১৫॥

---

হুরি ॥১৩১॥

**১২ শ্লোক্কী আ· ২।১৩ শ·বদা যেংউ।**

কৃষ্ণগী মগুন্ন' ওইথোক্কবা ওইবি হেল্লি। মরম অদুনা লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণদা তত্থনা খোঁরাংবনি ।১৩২ নংনা খিখ্রিবা অদুগুম্বা শ্লোক্কা মসি থংনবা ওইরি। অসিগুম্বা শ্লোক্কা থংহল্লি, শ্রীকৃষ্ণনা স্বয়ং ভগবান্নি

**১৩ শ্লোক্কী মধ্য ৯।৮ শুবদা যেংউ।**

শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবান্না লক্ষ্মীগী পুক্নিংবু হুই। গোপীশিংগী পুক্নিং হুগদবদা শ্রীনাবয়ন্না ৬মদে ।১৩৪ করিনো নাবায়ণগী রাদো লৈসন্নু শ্রীকৃষ্ণ মহাক্না পোপীশিংদা ফাগি তোগে হায়বগীদমক্তা নাবায়ন ওই ।।১৩৫।। পাম্বোম মবি পানবা মশকপু মাংদা উবদা গোপীশিংনা। অদুগুম্বা কৃষ্ণদা গোপীগী নুংশিবা প্রেমনা ওইদে ।।১৩৬।।

**১৪ শ্লোক্কী আঃ ১৭।৮ শ·বদা যেংউ।**

অসি হায়দুনা প্রভুনা মাগী নাপন অথাইবা তুমহুল্লগা। মঙোন্দা নুংঙাইবা পীগে হায়বগীদমক্তা লৈথোক্কুনা অরেপপা সিদ্ধান্ত অমা হায়রকই ।।১৩৭।। অরাবা থল্লুন্নু ভট্ট। ফাগিবু ঐনা তৌবনি। লাইরিককী সিদ্ধান্ত ( অবেপপা রা ) তাও মতুদা বৈষ্ণবনা থাজরিবনি ।১৩৮। অদুম্না শ্রীকৃষ্ণগা শ্রীনাবাযণগা মশক অমতনি। গোপীগা লক্ষ্মীগা তোপপা লৈতে, মশক অমতনা ওইবনি ।। ১৩৯ ।। গোপীনা থোং ওইদুনা লক্ষ্মীনা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্গমগী নুংঙাইবা ফংগনি। ঈশ্বরদা তোপনা থল্লবদি অপবাধ ওইয়ে ।। ১৪০ ।। অমতনি ঈশ্ববদি মনাই ভক্তগী নিংলকপগী মতুংইন্না। অমতা ওইবা মশক্তা অযাম্বা মওং মশকপু ওই ।।১৪১।

**অনুবাদঃ।**—অদুমনা মণিগী মথন্না মরম ওইদুনা অশংবা নাপুনচিংবনা তিল্লি। মাদুমনা শ্রীকৃষ্ণনা মনাইনা তোপনা নিংবদগী তোঙানবা মশক ফংই। ইতি ॥১৫॥

ভটুনা হায—কদাইদগী ঐনা জীব পাপ চেনবনি। কদাইদগী অদুগুম্বা সংসংবা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণদো নংনি ।।১৪২।। মপান নাইদবা ঈশ্বরগী লীলাবু থজিকতসু থংজদে। নংনা মতুবু হায়বদুত অবেপ্পনি থনজবি ।।১৪৩।। ঐবু শ্রীলক্ষ্মীনারায়ন্না নপুং ফানা থৌজানবিবে। নংগী শ্রীচবণবু উজবা মাগী থৌজান্দগী ফংলিবনি ।। ১৪৪ ।। থৌজানবিদুনা— ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী মতিকপু হায়বিরে। মাগী মশক, মগুণ, তৌবা ডম্বা মতিকপু কনানা ডমদে ফংদে ।। ১৪৫ ।। হৌজিক্তি অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী

ভক্তিনা পুম্নমক্কগী অথোইবনি খংলে। থৌজান-বিদুনা ঐডোন্দা হায়রগা ঐবু মহৈ যালহল্লে ॥১৪৬ অসি হায়দুনা ভট্টনা প্রভুগী চরন্দা কোন্দুনা তুরে। কৃপা তৌবিদুনা প্রভুনা মাবু কোনখৎখবে ॥ ১৪৭ ॥ অসুম্না রাগানুগা ভক্তি তম্বীদুনা চাতুর্মাস্য চুপনা লৈবগা ভট্টগী য়াথং লৌদুনা। শ্রীরঙ্গনাথ দর্শন তৌবগা প্রভুনা দক্ষিনদা চৎখবে, গোপাল ভট্ট দীক্ষা পীবম্মা ॥ ১৪৮ ॥ থোগন্দুনা ভট্টনা চৎলি মযুমদা হলহৌদে। যামনা চেকশিন্না প্রভুনা মখোন্দা বিদায় পিরে ॥১৪৯॥ প্রভুবু কাযনবদা ভট্টদা জ্ঞান লৈখিদবে, কল্লুনা মযুমদা লৈহৌই। অসিগুম্বা লীলাবু শ্রীশচীগী মচানা মুংঙাইনা শান্নে ॥১৫০॥ গৌবহবিনা চৎলগা ঋষভপর্ববওা লাকতুনা শ্রীনারায়ণবু য়েংলবে মখোন্দা খুরুমদুনা হায়জ-জবকই ॥১৫১॥ পরমানন্দপুরীনা মহুদা চাতুর্মাস্য লৈবম্মা। তারদা মহাপ্রভুনা পুরীগোসাঞিগী মনাক্তা চত্তুনা ॥ ১৫২ ॥ প্রভুনা পুরীগোসাঞিগী চরন্দা খুরুম্নবু তৌবে। প্রেম্না পুরীগোসাঞিনা মাবু কোনখৎলে ॥১৫৩॥ নুমিৎ হুমনি প্রেমতনা অনিনা শ্রীকৃষ্ণগী বানা নুংঙাইবে। ব্রাহ্মণ অদুগী যুমদা অমতা ওইনা লোয়নদুনা অনিনা লৈমিন্নবে ॥১৫৪॥ পুরীগোসাঞিনা হায়--ঐনা পুরুষোত্তমদা চৎকনি। শ্রীজগন্নাথবু য়েংলগা গৌড়দেশদ, গঙ্গা স্নান চৎকনি ॥ ১৫৫ ॥ প্রভুনা হায়—নংনা অমুক হন্না নীলাচলদা লাকপিযু। ঐনা সেতুবন্ধদগী কুইদনা মতম খজিক্কংদা লাক্কনি ॥ ১৫৬ ॥ ( নংগী ননাক্তা লৈজগে ) অসুম্না ঐনা পাম্বা ওইবি। ঐবু চানবিদুনা নীলাচলদা হন্দুনা লেংবিবকউ ॥১৫৭॥ অসি হায়দুনা মাগী মফমদগী অসুম্না যাথং লৌ-দুনা। প্রভুনা হরাওনা দক্ষিনদা লেংলকলে ॥১৫৮ পরমানন্দপুরীনা মতমদুদা নীলাচলদা লেংখবে। মহাপ্রভুনা চৎল-চৎলদুনা শ্রীশৈলদা লাকলে ॥১৫৯॥ মফমদুদা শিব-দুর্গা অনিনা ব্রাহ্মণগী ফি শেত্তুনা লৈরম্মী। মহাপ্রভু উবদা অনিগী নুংঙাইবা ওইখবে ॥ ১৬০ ॥ নিমন্ত্রণ তৌদুনা নুমিৎ হুমনিবু ভিক্ষা পিখি। চীক্লা ফমদুদা অথুপ্পা য়াবু ২মকতা হায়রে ॥১৬১॥ মাগা লোয়নদুনা মহাপ্রভুনা চান্ন-চিন্নবর তৌই। মাগী য়াথং লৌদুনা পুরীনা কাম-কোষ্ঠীদা লাকলে ॥ ১৬২ ॥ কামকোষ্ঠীদগী দক্ষিণ মথুরাদা লাকলে। মহুদা ব্রাহ্মণ অমগা লোয়-নদুনা উনবে ॥ ১৬৩ ॥ ব্রাহ্মণ অদুনা মহাপ্রভুগী নিমন্ত্রণবু তৌবে। অদুগুম্বা ব্রাহ্মণদো সংসার থাদোকলবা রামগী মনাই অথোইবা মীনি ॥১৬৪ কৃতমালাদা ইরুজরগা মাগী মযুমদা লাকলে। কবি ভিক্ষাবু পীসিগে? খন্দুনা লৈ ব্রাহ্মন্না থোংত্রিডৈদা ॥১৬৫। মহাপ্রভুনা মখোন্দা হায়, তাবরা মহাশয়। নুমিৎ যুংথরে করিগীদমক্তা থোং-ত্রিবনো? ॥ ১৬৬ ॥ ব্রাহ্মন্না হায়, প্রভু! ঐগী লৈফমসি বন্নি। থোংনবা পোংলমদি বন্দা লৈ, হৌজিক্তি লৈত্রি ॥১৬৭। চাননবা বনগী উহৈ মনা মশিং শ্রীলক্ষ্মনা পুরক্লবদা। মতম অদুদা সীতানা তৌবক্কনি থোংলগা রামদা কৎপবু ॥১৬৮॥ মাগী চেংনা নিংবদা খংদুনা প্রভুনা পেনবা ওইরে। তকুপ তরাংনা ব্রাহ্মণ অদুনা চাক থোংলগা। ॥১৬৯॥ প্রভুনা প্রসাদী ফংবসি নুংথিলগী নুমি-দাংবাই ওইবে। অরাবা ওইদুনা ব্রাহ্মণ অদুনা চবা হেল্লে ॥ ১৭০ ॥ প্রভুনা হায়, হে ব্রাহ্মণ! করিগীদমক্তা চরা হেল্লিবা? করিগী অদুক বাদুনা নংনা মিপাইববু তৌরিবা? ॥১৭১॥ ব্রাহ্মন্না হিংবদা ঐগী কান্নবা তাংজরা লৈত্রে। মৈদা ঈশিংদা চংলদুনা ঐগী থরাইবু থাবগদবনি ॥১৭২ জগৎকী মমা মহালক্ষ্মী সীতা ঠাকুরাণী। মাবু হিংচাবনা শোকখিবা মসিবু নাকোংদা তাবদা ॥১৭৩॥ হকচাং অসিবু পুকগদবদা করিগুম্বদা—

তথাহি—কূর্ম্মপুরাণে

**সীতয়ারাধিতো বহ্নিশ্ছায়াসীতামজীজনৎ তাং জহার দশগ্রীব সীতা বহ্নিপুরং গতা ॥১৬॥**

**অন্বয়ঃ**।—সীতা—সীতানা, আরাধিতঃ—নিংলবা, বহ্নি—মৈন, ছায়াসীতা—সীতাগী মমিদগী সীতা অমবু, অজীজনৎ —থোকহনখি, দশগ্রীবঃ—রাবন্না, তাং - মাবু, জহার—হুখি, সীতাম—সীতানা, বহ্নিংপুরং – অগ্নিলোক্তা, গতা— চংখি। ইতি ॥১৬॥

মতিক ওক্কে। অসিগুম্বা হকচাংদা অরাবগী মৈচাক্তা থরাইসি থাখদোবে ॥১৭৪॥ প্রভুনা হায়, রাখল অদুদা অমুক তৌকবগনু। অথংবা ওইরগা করিগী রাখলবু তৌদ্রিবা ? ॥১৭৫॥ ঈশ্বরগী চান্নবী সীতাদা চিৎ আনন্দগী মশকনি। অচম্বা ইন্দ্রিনা (মিৎনচিংবনা) মাবু উগদবদা ঙমদে ॥১৭৬॥ শোকপগী থবক লৈখিসনু, উবনু ফংদে। শাশিন্নবা সীতাগী মশকপু রাবন্না হুবনি ।১৭৭। রাবন্না লাকপদা সীতাদি উহন্দনা চংথোকখ্রে। রাবনগী মমাংদা শাসিন্নবা সীতাবু থাজিল্লি ॥১৭৮ চমদবা মশক্তি অচম্বগী মমাংদা ওইবা হৌনদে। মসি বেদনা, পুবান্না অতৎপা লৈতনা লাওবি ॥ ১৭৯ ॥ থাজববু তৌবো নংনা ঐগী রাহৈ হায়রিবসিদা। পুকনিংদা অমুক হন্না ফজ্রবা রাখলবু তৌরুরগনু ॥ ১৮০ ॥ প্রভুগী রাহৈদা — ব্রাহ্মণগী থাজবনা ওইবে। চাক চাজবে, ব্রাহ্মণনা হিংনবগী রাখল ওইরক্লে ॥১৮১॥ মাবু থামজিল্ললম্‌লগা প্রভুনা চংখিহুনা। কৃতমালাদা স্নান তৌরগা দুর্ব্বেশন্দা লাকলে ॥১৮২॥ দুর্ব্বেশন্দা শ্রীরঘুনাথদা দর্শনবু তৌরৈ। অদুদগী মহেন্দ্র কৌবা চীংদা প্রভুরামু থুরুমলরে ॥ ১৮২ ॥ সেতুবন্ধদা লাক্কুনা ধনুতীর্থদা প্রভুনা স্নান তৌবে। রামেশ্বর য়েংহুনা মফমদুদা পোথাববু তৌবে ॥১৮৪ ॥ মদুদা ব্রাহ্মণগী সভাদা কূর্ম্মপুবানবু তাবদুদা। মাগী মরক্তা সতী পতিব্রতাগী মগুণ মবমচৎপু হায়রম্মী ॥১৮৫ মায়া সীতাবু রাবন্না হুই হায়রকপা অদু তারকই। তাববদা মহাপ্রভুনা পুকনিংদা নুংঙাইবা ওইখবে ॥ ১৮৫ ॥ মপুবোইববু চাকহেন্নবীশিংগী কোকথক্কী মণিনি জনক্কী মচানুপীনা। জগৎকী মমা সীতানা শ্রীরামগী নুপীনি ॥১৮৭॥ রাবন উবদা সীতানা মৈগী মফমদা চংজবকাপ্দ। রাবন্দগী মৈ কৌবা লাইনা সীতাবু কুপশিন্দুনা ॥ ১৮৮ ॥ সীতাবু পুহুনা পার্ব্বতীগী মফমদা ফমমুবে। মৈনা শাজিন্দুনা সীতা অমা পীহুনা রাবনবু নমহৎখি ॥ ১৮৯ ॥ মতম অদুদা রঘুনাথ লাক্কুনা রাবনবু হাৎলবা। মতমদুদা মৈদা সীতা পবীক্ষাদা পিগ পুবকপা ॥ ১৯০ ॥ মতম অদুদা শাসিন্নবা সীতাদো মৈদা চংখবে। অশেংবা সীতাবু পুরক্কূনা মৈনা রামগী মাংদা পীবৈ ॥ ১৯১ ॥ হায়বসি হাযদুনা প্রভুগী পুক্কিং নুংঙাইবা ওইবে। রামদাস ব্রাহ্মণগী রাদো নিংশিংবা ওইরকলে ॥১৯২॥ অসিগুম্বা অযাম্বা সিদ্ধান্তশিংসি তাবদা প্রভুনা নুংঙাইবে, ব্রাহ্মণগী মফমদগী নিহুনা লাইবিক অদু লৌরগা ॥ ১৯৩ ॥ ইথোকলবা অহনবা লাইরিকনা থমহলহৌবে। থাজনবগীদমক্তা অমনবা লাইরিকপু নিহুনা পুবকলে ॥১৯৪॥ লাইরিক পুরক্কুনা অমুক হন্না দক্ষিণ মথুবাদা লাক্কুনা। রামদাস ব্রাহ্মন্দা লাইরিক অদু পুরকহুনা পিবরে ॥১৯৫॥

**অনুবাদঃ**—সীতানা নিংলবা মৈ কৌবা লাইনা সীতাগী মমিদগী সীতা ১বু থোকহনখি, রাবন্না মাবু হুখি, সীতানা অগ্নিলোক্তা চংখি। ইতি ॥১৬॥

**পরীক্ষাসময়ে বহ্নিং ছায়াসীতা বিবেশ সা। বহ্নিঃ সীতাং সমানীয় স্বপুরাদুদনীনয়ৎ ॥১৭॥**

**অন্বয়ঃ**।—পরীক্ষাসময়ে— মৈদা চাংয়েংবা মতমদা, সা— অদুগুম্বী, ছায়া সীতা— মায়িগী সীতানা, বহ্নিং—মৈদা, বিবেশ—চংথি, বহ্নিঃ—মৈনা, স্বপুরাৎ—মাগী লৈপাক্কী. সীতাং—জানকী সীতাবু, সমানীয়—পুরক্কুনা, উদনীনয়ৎ—শ্রীরামচন্দ্রবু পুহনখি। ইতি ॥১৭॥

---

**অনুবাদঃ**।—রাবন হাৎলবগী মতুংদা মৈদা চাংয়েংবা মতমদা অদুগুম্বী মমিদগী থোকপী সীতানা মৈদা চংথি। মৈনা মাগী লৈপাক্কী পুরক্কুনা জানকী সীতাবু, শ্রীরামচন্দ্রবু পুহনখি। ইতি ॥১৭

লাইরিকসি ফংলবদা ব্রাহ্মণগী পুকনিং মুংঙাইবা ওইরে। প্রভুনা শ্রীচরণবু কোন্দুনা কপ্পবু তৌবক্রে ॥১৯৬॥ ব্রাহ্মণনা হায় নংসি সংসংনা শ্রীরামচন্দ্রনি সন্ন্যাসীগী ফিসেত্তুনা ঐঙোন্দা দর্শনবু পীবিবরে ॥১৯৭॥ যানা রাবদগী ঐবু লানবিববু তৌখিবে। ঙসি ঐগী যুমদা ভিক্ষাবু লৌবিবা তৌবিয়ু ॥১৯৮॥ মুমৎ অদুদা পুরিং রাবনা চংথোন্না ভিক্ষাবু পীখিদবে। ঐগী লাইবক ফবনা অমূক হন্না উজবা ফংবনি॥ ১৯৯ ॥ অসি হায়দুনা য়াইল্লগা ব্রাহ্মণনা থুনা বসোয় হৌথরে। অথোইবা মথলগী ভিক্ষাবু প্রভুদা চাববু তৌহল্লে ॥২০০॥ অহিং অসি মদুদা লৈরে মাবু খৌজানবিবে। শ্রীগৌবহরিনা পাণ্ড্যদেশদা তাম্রপর্ণীদা লাকতুনা ॥২০১। তাম্রপর্ণীদা ইরুজরে, অদুদগী তাম্রপর্ণী মপান্দা লেংলকলে। নয়ত্রিপদীদা য়েংলগা হরাওনা কোম্মরমলগা ॥ ২০২ ॥ চিডয়তালা তীর্থদা ইরুজররে অদুদগী শ্রীরাম লক্ষ্মণবু য়েংই। লাকতুনা তিলকাঞ্চিদা শিব দর্শনবু তৌরবে ॥২০৩॥ গজেন্দ্রমোক্ষণ তীর্থদা শ্রীবিষ্ণুগী মশক য়েংলরে। পানাগড়ি তীর্থদা লাক্কুনা সীতাপতিবু য়েংলরে ॥২০৪ চামতাপুরদা লাকতুনা শ্রীরাম-লক্ষ্মণবু য়েংলবে। শ্রীবৈকুণ্ঠদা লাক্কুনা শ্রীবিষ্ণুবু দর্শন তৌবরে ॥২০৫॥ মালয় পর্ব্বত্তা কারক্কুনা অগস্ত্যবু খুরুমলরে। মদুদা কাঞ্চাকুমারী দেবীবু দর্শন তৌরে ॥২০৬॥ শ্রীগৌবহবিন আমলীতলাদা শ্রীরামবু দর্শন তৌই। মদুদা ভট্টমারি লৈবা মল্লার দেশদা লাকতুনা ॥ ২০৭ ॥ তমাল কার্ত্তিকপু য়েংলগা বাতাপাণীদা লাকতুনা। শ্রীবঘুনাথবু য়েংদুনা মহদা অহিং লেন্দুন লৈবদা ॥ ২৬৮ ॥ শ্রীচৈতন্যগোসাঞিগা লোয়নবা লৈমিন্নবা কালা কৃষ্ণদাস ব্রাহ্মণনা ভট্টমারিশিংগা মাগা লোয়নদুনা উন্নথরে ॥২০৯॥ ফজবী মুপী ১মুং সনানচিংবা লনবু উহনদুনা মাবু অপাম্বা পোকহল্লে। আশংবা তুলরীংবা ব্রাহ্মণগী পৌশিংবু মাংবা ৩ইথর ॥২১০ ॥ লোং ঙানবদা হোগৎতুনা ব্রাহ্মণনা লাক্কুনা ভট্টমারিগী য়ুমদা লৈথরে। প্রভূনা মহাকপু থিরকপদা য়াম্না য়াংনা লাকই॥২১১॥ অয়ামব ভট্টমারিশিংদা লাকতুনা প্রভুনা হায়। ঐগী ব্রাহ্মণবু নখোযনা করিগীদমক্তা থমলিবা ? ॥২১২॥ নখোয়মু সন্ন্যাসীনি ঐশু সন্ন্যাসীনি থন্দুনা য়েংউ। নখোয়না ঐঙোন্দা অরাবা পীরগা অফবা ওইবোই ॥২১৩। ভট্টমারিশিংনা (সন্ন্যাস তোক্কুনা যুম পানবশিংনা) তাবদা খুৎলাই পায়দুনা হৌগৎতুনা। প্রভুবু ফুগে হায়দুনা পুন্নমকনা চেন্দূনা মায়কৈ মরিদা লাক্রে ॥২১৪॥ মথোয়গী মশাদা মথোয়গী খুৎলাইনা মখুৎ মখুৎনা ফুনবদগী। থবৎ থবৎ তংতুনা ভট্টমারিশিংদো মায়কৈ মরিদা চেন্নরে ॥২১৫ ॥ ভট্টমারিগী য়ুমদো মামনা কপথৎনরকলে, হরি হরি শোলহৌরে। মশম পায়দুনা ব্রাহ্মণবু পুদুনা প্রভুনা লাকমিন্নরে ॥২১৬॥ মুমিৎ অসিদা চৎতুনা পয়স্বিণী

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৭ স্কঃ ৫ অং ৫৭ শ্লোকঃ।

**শ্রবণং কীর্ত্তনং বিষ্ণোঃ স্মরণং পাদসেবনম্ অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্মনিবেদনম্ ॥১৮॥**
**ইতি পুংসার্পিতা বিষ্ণৌ ভক্তিশ্চেন্নবলক্ষণা। ক্রিয়তে ভগবত্যদ্ধা তন্মন্যেঽধীতমুত্তমম্ ॥১৯।**

**অন্বয়ঃ**—বিষ্ণোঃ—শ্রীকৃষ্ণগী নম্ব, শ্রবনং—তাবা,, কীর্ত্তনং - শোনবা, স্মরণং—নিংশিংবা, পাদসেবনং—চরণগী সেবা তৌবা, অর্চনং— পূজাতৌবা, বন্দনং—খুকুম্বা, দাস্যং— মনাইনি নিংবা, সখ্যং—মরুপ ওইবা, আত্মানিবেদনং—আত্মা কংপা, ইতি—হাযরিবা, নবলক্ষন—মাপন অসি লোয়নবা ওইবা, ভক্তিঃ—হরিনাম-মন্ত্র-গায়ত্রী ভক্তিবু, ভগবতি -ঈশ্বর ওইবা, বিষ্ণৌ—শ্রীকৃষ্ণদা, অদ্ধা—সংসংনা, অর্পিতা—কংপবু চেং—মতমদুনা, ক্রিয়তে—তৌবা, তৎ মহুবু, উত্তমং— অথোইবা, অধীতম্— গুরুদগী তম্মকপনি হায়না, মন্যে - ঐনা নিংলি। ইতি ॥১৮॥১৯॥

মপান্দা লাক্কুনা। ইকুজরগা আদিকেশবগী মন্দিরদা চংতুনা ॥২১৭॥ কেশবপু য়েংতুনা প্রেমদা চংতুনা। যামনা খুরুম্মী, হায়জৈ, জগোই শাই ঈশৈ শকই ॥২১৮॥ প্রেমদো উবদা মীযামগী য়ামনা ঙকপা ওইখবে। মী পুম্নমকনা প্রভুগী য়াননা লুনা চান্না সেবাবু তৌবে ।২১৯॥ অযোইবা ভক্তশিংতুনা প্রভুগা লোযননা চান্নানা ডান শনবে। মহুদা ব্রহ্মসংহিতাগী অধ্যায় ৫থক ফংই। ব্রহ্মসংহিতাগী অধ্যাযদি চামনি ॥২২০॥ লাইবিক ফংতুনা প্রভুনা মুংডাইবনা ঙমখৈ নাইবিদবে। নিকপা, তুজুংবা, পিতাবা হুমাং শোবা, যুম্বীগুম্বা শকফমশিংসি ওইরে ॥২২১॥ ব্রহ্মসংহিতাগা মান্নবা সিদ্ধান্ত (য়ানিংহনবা রাহে) গী লাইবিক অমা লৈতে। শ্রীগোবিন্দগী অচংপা মতিক মগুণ থংনবগী থোইদোকপা মবমনি ॥ ২২২ ॥ ময়েক্তি থজিক্তা হাযবনি সিদ্ধান্তদি ঙমথৈ নাইদে। অয়াম্বা বৈষ্ণবকা লাইবিকী মবক্তা যামনা মচি ওইবা লাইরিকনি ॥২২৩। য়ামনা চেকশিন্না লাইরিকসি হৈরগা পুরকই। হরাওনা অনন্ত পদ্মনাভদা প্রভুনা লাকতুনা ॥২২৪॥ মমিং নিনি পদ্মনাভবু দর্শন তৌই। লাকপনা শ্রীজনার্দ্দনবু মুংডাইনা য়েংবদা ॥২২৫। মমিং নিনিবু মহুদা ঈশৈ শকপা জগোই শাবা তৌই। অহুদগী পয়োষ্ণীদা লাকতুনা শঙ্কর নাবায়ণবু য়েংলবে ॥২২৬॥ সিংহারিমঠদা লাক্কুনা শঙ্কবচার্য্যগী মফমদা। মৎস্যতীর্থবু য়েংলগা তুঙ্গভদ্রদা ইকুজববে ॥ ২২৭ ॥ মধবাচার্য্যগী মফমদা তত্ত্ববাদীশিং লৈবা মহুদা লাকতুনা। উড়ুপকৃষ্ণবু য়েংবদা মহুদা প্রেমনা ময়াই কাবা ওইরে ॥২২৮॥ য়ামনা পুকনিং হুবা নর্ত্তক গোপাল কৃষ্ণনি। শ্রীমাধবাচার্য্যগী মংদা পীতুনা মাগী মফমদা লাকপনি। ২২৯॥ ঈশিংদা লাকতুনা লুপলবা হিদা গোপীচন্দনগী মনুংদা ঐনা লৈরে। হায়রম্বা অহুগুম্বা কৃষ্ণদো মাধবাচার্য্যনা কবিগুম্বা মতৌতনা ফংলে ।২৩০। মাধবাচার্য্যনা পুরকতুনা মাগী সেবাবু মন্দিব লিংখৎতুনা তৌখরে। মতুংদা শিষ্যরম্বা শিষ্য তত্ত্ববাদীশিংনা হৌজিক ফাওবা মাগী সেবাবু তৌবি। ২৩১॥ অহুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশকপু উবদা প্রভুনা য়ামনা মুংডাইবা ফংহ। প্রেমদা চংতুনা মিকুপ যামনা জগোই, ঈশৈবু তৌই ॥২৩২ তত্ত্ববাদীশিংনা প্রভুবু চুমদবা সন্ন্যাসনি খল্লুনা উবা অহানবদা প্রভুগী মনাক্তা ডাংন-শান্নবা তৌরমদে ॥২৩৩॥ মতুংদা প্রেমদা চংবা উবদা অঙকপা ওইখরে। বৈষ্ণবনি খল্লুনা প্রভুবু সেবা য়ামনা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ২ অং ৩৮ শ্লোকঃ।

এবং ব্রতঃ স্বপ্রিয়নামকীর্ত্ত্যা জাতানুরাগো দ্রুতচিত্ত উচ্চৈঃ।
হসত্যথো রোদিতি রৌতি গায়ত্যুন্মাদবন্নৃত্যতি লোকবাহ্যঃ ॥২০॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কন্ধে ১১ অধ্যায়ে ৩২ শ্লোকঃ।

আজ্ঞায়ৈবং গুণান্ দোষান্ময়াদিষ্টানপি স্বকান্। ধর্ম্মান্ সংত্যজ্য যঃ সর্ব্বান্ মাং ভজেৎ স চ সত্তমঃ ॥২১

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ২৮ অধ্যায়ে ৬৬ শ্লোকে অর্জ্জুন প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

সর্ব্ব ধর্ম্মান্ পরিত্যজ্য মামেকং শরণং ব্রজ। অহং ত্বাং সর্ব্বপাপেভ্যো মোক্ষয়িষ্যামি মা শুচঃ ॥২২

তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ২০ অং ৯ শ্লোকে উদ্ধবং প্রতি শ্রীকৃষ্ণবাক্যম্।

তাবৎ কর্ম্মাণি কুর্ব্বীত ন নির্ব্বিদ্যেত যাবতা। মৎকথাশ্রবণাদৌ বা শ্রদ্ধা যাবন্ন জায়তে ॥২৩॥

**অন্বয়ঃ** -যাবতা—অত্তককী, ননির্ব্বিদ্যেত—কর্ম্মগী বিষয়দা অকাইবনি থজ্রিবা, বা—অমদি, যাবৎ—অত্তককী মথৈ, মৎকথাশ্রবনাদৌ—কৃষ্ণ ঐগী রাদা (হরিনাম, দীক্ষামন্ত্র, গায়ত্রীদা তাবনচিংবদা, শ্রদ্ধা—য়ানিংবা খাজবনা, নজায়তে—পোক্লরোই, পোকত্রিবা, তাবং—অত্তককী মথৈ, কর্ম্মানি—কর্ম্ম থিবিকপু, কুর্ব্বিত—তৌগদবা ওই। ইতি ॥২৩॥

তৌবক্লে ॥২৩৪॥ মথোযশিংগা লোযননা ঙাংন-শান্নবা হৌবকলে ॥২৩৫॥ তত্ত্ববাদশিগী গুরুদো লাইবিক্তা যামনা থংথবে। অতোনবনা তৌব-গুম্না প্রভুনা মড়োন্দা হংলকলে ।২৩৬॥ ফংগদবা ফংননবা মশকপু ঐনা অফবা মতৌবু থংদে। অথোইবা ফংগদবা অমসুং ফংননবা অবেপ্না মশকপু ঐড়োন্দা থংহল্লে ॥২৩৭॥ আচাযানা হায়, বর্ণা-শ্রম ধর্ম্মনা, শ্রীকৃষ্ণদা কৎপনা অরেপ্পনি। শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিগী অথোইবা ফংননবগী থৌবাং মসিনা ওই ॥২৩৮॥ মুক্তি মথল মঙা (শ্রীনারায়ণগা লৈমিন্-নবা, মান্নবা, মানবা, নক্লবা, তিন্নশিনবা) অসি বৈকুণ্ঠদা চৎতুনা ফংলি। অসিগুম্বা মথল ৫সি ফংগদবা অথোইবনি হায়তুনা লাইবিক্তা উত্তুনা তাকই। ২৩৯॥ প্রভুনা হায়—হরিনাম তাবা শোনবা অসিনচিংবনা ভক্তি অমসুং সাধন্নি। অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম সেবাগী মশকপু ফংনবগী অথোইবা থৌরাংনি ॥২৪০॥

**অনুবাদঃ**।— শ্রীকৃষ্ণগী নাম তাবা, শোনবা, নিংশিংবা, চরণ সেবা তৌবা, পূজা তৌবা, খুকম্না, মনাই ওইবা, মরুপ ওইবা, মশামকপু (পুকনিং হকচাং য়াথংবু) কৎপা, অসুমনা হায়রিবা ভক্তিগী মচা মাপনগা লোয়ননা ভক্তিবু (হরিনাম, দীক্ষা-মন্ত্র গায়ত্রীবু) ঈশ্বর ওইবা শ্রীকৃষ্ণদা মতুতা—সংসংনা কৎপবু তৌবা মতম অতুদা মতুবু ঐনা শ্রীগুরুদগী তমজবা অথোইবনি হাযনা মতুতবু নিংজরি। ইতি ॥১৮, ১৯॥

নামবু তাবা শোনবদগী কৃষ্ণদা প্রেমবু পোকপা ওই। শ্রীকৃষ্ণদা প্রেম ফংলববু অথোইবা বান্নবনি কান্ন-বগী ওমথৈনি ॥২৪১॥

২০, শ্লোক্কী অঃ ৭।৪৭ শুবদা য়েংউ।

কর্ম্মবু থাদোক্কনি কর্ম্মবু অকাইবনি নিংগনি ভাগ-বত্তা লাইবিকশিংদা হায়রি। কর্ম্মদগী শ্রীকৃষ্ণ ভক্তিবু করিগুম্বদা ওইরকতে ॥২৪২॥

২১, ২২ শ্লোক্কী মঃ ৮।৬-৭ শুবদা য়েংউ।

**অনুবাদঃ** — শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা, হে ইতাও মাতুনা অত্তুপকী মথৈ বিষয়গী কর্ম্মদা অকাইবনি থজ্রিবা, অত্তুপকী মথৈ কৃষ্ণ ঐগী রাদা (হরিনাম

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৩ স্কঃ ২৯ অং ১১ শ্লোকে দেবহূতিং প্রতি কপিলদেববাক্যম্।

সালোক্যসার্ষ্টিসামীপ্যসারূপ্যৈকত্বমপ্যুত। দীয়মানং ন গৃহ্ণন্তি বিনা মৎসেবনং জনাঃ।।২৪।

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৫ স্কঃ ১৪ অং ৪৩ শ্লোকে পরীক্ষিতং প্রতি শুকদেববাক্যম্।

যো দুস্ত্যজান্ ক্ষিতিসুতস্বজনার্থদারান্। প্রার্থ্যাং শ্রিয়ং সুরবরৈঃ সদয়াবলোকাম্।।
নৈচ্ছন্ নৃপস্তদুচিতং মহতাং মধুদ্বিট্। সেবানুরক্তমনসামভবোঽপি ফল্গুঃ।।২৫।।

তথাহি—শ্রীমদভাগবতে ৬ স্কঃ ১৭ অং ২৩ শ্লোকঃ দুর্গাং প্রতি শিববাক্যম্।

নারায়ণপরাঃ সর্ব্বে ন কুতশ্চন বিভ্যতি। স্বর্গাপবর্গনরকেষ্বপি তুল্যার্থদর্শিনঃ।।২৬।।

**অন্বয়ঃ**।—যঃ—অদুগুম্বা, নৃপ—নিংথৌনা, দুস্ত্যজান্—থাবা ওমদ্রবা, ক্ষিতিসুতস্বজনার্থদারান্—লৈবাক, মচা, মরুপ, মরল, মতু অসি খিবিকপু সুরবরৈঃ—অথোইবা লাইশিংনা, প্রার্থ্যাং—পামলবী, সদয়াবলোকাং—থৌজানগী মিৎয়েংনা ওইবী, শ্রিয়ং—লক্ষ্মীমকপু, নঐচ্ছৎ—পামখিদে, তৎ—মত্থ, উচিতং—মতিক ওই, মধুদ্বিট্ সেবা সুরক্ত মনসাং—শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুকনিংনা পামলবা, মহতাং—মতিক চাওবশিংগী, অভবঃ—মুক্তিবু, অপি—অমসুং, ফল্গুঃ—ফত্তবা অতোনবা ওই। ইতি।।২৫।

**অন্বয়ঃ**—নারায়ণপাবাঃ—শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংনা, সর্ব্বে—অযাম্বা, কুতশ্চন—কবিগুম্বদগীসু, নবিভ্যতি—কিদে, স্বর্গাপবর্গ-নরকেষু—স্বর্গ, মুক্তি নবক অসি পুম্নমক্তা, তুল্যার্থদর্শিনঃ—চপ মান্নবা উহ। ইতি ।।২৬

দীক্ষামন্ত্র কামগায়ত্রীদা) তাবনচিংবদা য়ানিংবা মুংশিবা অপাম্বনা পোক্নরোই, পোকত্রিবা অদুগুম্বা মথৈ বিষয়গী কর্ম্ম খিবিকপু ভোগদবা ওই। ইতি।।২৩।

হায়বিবা মুক্তি মথল মওাদো শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিংনা থাদোকই। মুক্তিবু ফত্তনা নরকা মান্ননা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তশিংনা উনরি।।২৪।।

## ২৪ শ্লোকী আ ৪।৩৬ শুবদা য়েংউ।

**অনুবাদঃ**।—শ্রীশুকদেবনা, পবীক্ষিৎ। অদুগুম্বা ভবত কৌবা নিংথৌনা, থাদোকপা ওমদ্রবা লৈপাক, মচা, মরুপ, মরল, মতু, অসি খিবিকপু অথোইবা লাইশিংনা পামলবী থৌজ্ঞানগী মিৎয়েংনা ওইবী লক্ষ্মীমকপু পামখিদে। মত্থ মতিক ওই, শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা পুকনিংনা পামলবশিংনা অমসুং মুক্তিবু ফত্তবা অকাইবা ওই। ইতি।।২৫।।

**অনুবাদঃ**।—শ্রীকৃষ্ণগী মনাইশিং অযাম্বনা কবিগুম্বদগী কিদে। স্বর্গ, মুক্তি নরক অসি পুম্নমক্তা চপ মান্ননা উই। ইতি।।২৬।।

কর্ম্মনে মুক্তিনে মশক অনিসি ভক্তশিংনা থাদোকই সন্ন্যাসীনি উদুনা ঐবু নমহৎপবু তৌরববা ?।।২৪৪।। হায়রিবা অদুদি বৈষ্ণবশিংগী ফংগদবা অমসুং ফংননবা নত্তে। অদুগুম্বা কর্ম্ম মুক্তি অনিসিবু নংনা ফংগদবা অমসুং ফংননবনি লিংথৎলে।।২৪৫ তাবদা আচার্য্যনা থমোইদা ইকাইবা ওইবে। প্রভুগী বৈষ্ণবকী মতৌদু উবদা ডকথরে।। ২৪৬।। আচার্য্যনা হায় মত্থবু নংনা হাযবা মসিনা অচুম্ব অবেপ্পনি। অয়াম্বা লাইবিক্তা বৈষ্ণবশিংগী নিং থিনা লেপলবনি।।২৪৭।। অদুম ওইনমকপু মাথবা চার্য্যনা অদুম্না লেপ্পুনা চংহল্লমলে। মসিবু কাংলুপকী মরিদগী পুম্নমকনা চংলিবনি।।২৪৮।। প্রভুন হায়—কর্ম্মী জ্ঞানী অনিসিদি ভক্তি নত্তে নথোয়গী কাংলুপতা ২ অসিগী খুদম উরে।।২৪৯ পুম্নমক্তা নথোয়গী সম্প্রদায় (কাংলুপ) অসি

গুণ অমা উবি। শ্রীকৃষ্ণগী অশাবা মশক্তা অংবেপ্পা শ্রীকৃষ্ণমকনি মুংশিনা সেবাদা লেপ্পদা গুণনি ॥২৫০॥ মতৌ অশুমনা মাগী মযুমদা ভক্তি প্রেম পীজুনা লৈরগা মাগী নাপন তুম্হল্লি। অদুগী মতুংদা গৌরহবিনা চত্তুনা ফল্গুতীর্থদা লংলক্লম্মা ॥২৫১॥ ত্রিতকুপ বিশাল্লাবরু দর্শনরু তৌরগা। শ্রী-শচীগী মচানা পঞ্চাপসরা তীর্থদা ঙকত্তবে ॥২৫২॥ দৈপায়ণীদা লাকতুনা গোকর্ণশবরু যেংলমলগা। সুর্পারক তীর্থদা লাকলে সন্ন্যাসগী কোক্তা ওনিনা ॥২৫৩॥ কোলাপুরলক্ষ্মী অদুগী ক্ষীরভগবতিরু য়েংলগা। লাঙ্গা গণেশ, চোরাভাবতির যেংলরে ॥২৫৪॥ মফম অদুদগী শ্রীগৌরচন্দ্রনা পাণ্ডুপুরদা লাকতুনা। বিঠ্ঠল ঠাকুররু উবদা নুংঙাইবা ফংলে ॥২৫৫॥ প্রেমদা চংতুনা যামনা জগোই শাই, ঈশৈরু শকই। প্রভুগী প্রেম উবদা পুম্নমক্কী পুক্লিং ঙকথরে ॥২৫৬॥ মতুদা ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ কংলে। ভিক্ষা তৌববদা মতুদা অফবা পাও অমা ফংলে ॥ ২৫৭ ॥ শ্রীমাধবপুরীগী শিষ্য শ্রীবঙ্গপুরী কৌবা গোসাঞিনা। খুন অদুদা ব্রাহ্মণগী মযুমদা পোত্থাজুনা লৈরম্মী ॥২৫৮॥ তাদুনা প্রভুনা মাবু য়েংগদবগীদমক্তা লেংলকলে। ব্রাহ্মণ-গী মযুমদা ফমজুনা লেবা মহাকপু উবদা ॥২৫৯॥ প্রেমদা চংতুনা মতোন্দা প্রভুনা দণ্ডবৎ তৌনা খুরুমলে। হকচাংদা অয়াম্বা তুজুংবা, নিকপা হুমাংনা শিন্থবা ॥২৬০॥ উবতুনা শ্রীবঙ্গপুরীগী পুক্লিংনা ঙকপা ওইখরে। হোগৎলো হোগৎলো শ্রীপাদ! (ভক্তিগী মিংগৌনি) হায়বা রাহৈনা হায়রকই ॥২৬১॥ শ্রীপাদবু ঐগী গুরু শ্রীমাধবেন্দ্রগী কৃপাগী মরিরু থাংবরা, শিষ্যবা। শ্রীগুরুগী কৃপা নত্তুনা অতোপ্পদা অসিগুম্বা প্রেমগী মনমসি ওই-রোই ॥২৬২॥ আসি হায়তুনা প্রভুবু কোন্দুনা লৌ-খংলগা। ২মক্কনা পায়না-কোয়তুনা কপমিন্নবক্লে ॥২৬৩॥ মিংকুপ অমদা প্রেমদা চংবরু থাদোক্তুনা অনিগী তপথনরে। শ্রীঈশ্বরপুরীগী সম্বন্ধ (শিষ্যনি প্রভুনা থংহল্লকই ॥২৬৪॥ অনিমকনা কৃষ্ণগী কথা (নাম, মন্ত্র, গায়ত্রী) রু অহিং মুংথিন্দা চাংমৈ। মতৌ অমুম্না ঙুমিং মঙানি, তম্নেৎনি লেনখরে ॥২৬৫॥ পুরীন নবুংবোদা হবাওনা পোকফম হংলক্লে। চৈতন্যনা হবাওনা হায়, শাক্ষম লন-দমদি শ্রীনবদ্বীপ কৌই ।২৬৬॥ শ্রীবঙ্গপুরীনা হায়, শ্রীমাধবেন্দ্রপুরী গুরুগী পোগন্দুনা। মমাং-ঙৈদা নদীয়া নগরদা লাকলমই ।।২৬৭॥ মতুমনা শ্রীজগন্নাথ মিশ্রগী যুমদা ভিক্ষা (চানরু) তৌরম্মী। ওইগোক্তবনি মতুদা অতুম্না লযুথবো থোংবা চাইয়ে ॥২৬৮॥ জগন্নাথগী ব্রাহ্মণীদো মহাপতি ব্রতা (মপুরোইবরু চাকহেনবী) সতীনি। জগৎকী মমা গুম্না মানা পুম্নমক্তা মচামকনি মুংশিয়ে ॥২৬৯ মচানাপা অম্তমদা থাংবদা জুট্ মাগা মান্নবা লৈতে। মচাগা মান্ননা মুংশিজুনা সন্ন্যাসবু প্রসাদী ফং-হল্লকই ।২৭০॥ মাগী মচা অমা মতিক চানা সন্ন্যাস তৌরগা। শঙ্করারন্য কৌই মদো নৌরিবা অচাংনা ॥২৭১॥ ভীমরথী তীর্থ অসিদা লৈরিবা ঘাট অসিদা শঙ্করারন্যনা সিদ্ধি ফংখি। করম থোক্লবা অমুম ওহবা র চন পুম্নমক্তো শ্রীবঙ্গপুরীনা হায়রবদা ॥ ২৭২ ॥ প্রভুনা হায়, ঐনা সন্ন্যাস তৌদ্রিঙৈগী মানা ইরাম্বনি। শ্রীজগন্নাথমিশ্রনা ঐগী পুর্ব্বাশ্রমগী (সন্ন্যাস তৌদ্রিঙৈগী) ইপানি ॥২৭৩॥ মতৌ অশুমনা মথোয় অনিনা হংন-খুম্নবরু তৌ-বগা। দ্বারিকা য়েংগদবগীদমক্তা বিদায় লৌরগা শ্রীবঙ্গপুরী চংখরে ॥২৭৪॥ নুমিৎ মরিনি প্রভুবু মতুদা ব্রাহ্মণনা থমজুনা। ভমরথীদা স্নান তৌই বিঠ্ঠল ঠাকুররু দর্শন তৌই ॥২৭৫॥ অদুগী তুংদা মহাপ্রভুনা কৃষ্ণবেম্বা তুরেল মপান্দা। মতুদা অয়াম্বা তীর্থ অমদি ঈশ্বরগী মন্দিররু য়েংলরে ॥২৭৬॥

ব্রাহ্মণশিং লৈরম্বা পুম্নমক্তা বৈষ্ণবকী মচৎনি। বৈষ্ণব পুম্নমকনা কৃষ্ণকর্ণামৃতবু পারম্মী ।।২৭৭। কর্ণামৃতবু তাবদা প্রভুগী মুংঙাইবা ওৎখবে। য়ামনা চেকশিন্না তৌদুনা লাইরিক্তুবু ইহুনা পুরকই ।।২৭৮।। মরোল অদা কৃষ্ণকর্ণামৃতগা মান্নবা অরেপপা মশক অমা লৈতে। মহাকী শ্রীকৃষ্ণগী লাংবা প্রেমবু থক্কনি ।।২৭৯। ফজবা মীপুকচুবা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী শৈনি। অতুগুম্বা কর্ণামৃতবু অতৎপা লৈতনা পাক্করগা মান থংগনি।২৮০।। ব্রহ্মসংহিতা, কর্ণামৃত লাইরিক অনি ফংলতুনা। মহারত্ন ফংবা অদুগুম্না পুবকতুনা লাকখন লাক ।।২৮১।। তপী স্নান তৌবগা মাহিস্মতীপুরদা লাক্ত, মতুদা অথাম্বা তীর্থদা থেংনা। নর্মদা তুরেলগী মপান্দা লাকতুন ।।২৮২। ধনুতীর্থ থেংল। নির্বিন্ধ্যদা স্নান তৌবরে। অতুদগী ঋষ্য-মুখ পর্বতা, লাক্তুনা দণ্ডকাবনদা ।।২৮৩।। মতুদা বনগী মনুংদা কোনা পাম্বী তরেং শৌবি। হায় কুহবগী যামনা চাওবগী, যামন র লবনি ।।২৮ ।। উদা প্রভুনা কোনা তরেঙা ল শিন্দুনা ক থগ। কোনা-শিংদা নমাং লমংনা বৈকুণ্ঠদা চংখবে ।।২৮৫ অহাংবা মকম উবদ মীয়ামগী অচকপা থইখবে। মীয়ামন হায়, সন্ন্যাস অসি শ্রীরাম। পোকপান ।।২৮৬।। মসাগা লোয়ননা কানা পায়বু বৈকুণ্ঠদ চৎহাল্লবা। অসিগুম্বা তৌবা উত্বসিবু শ্রীরাম নওনা কনান ঙমলোই ।।২৮৭। হায়তুনা প্রভুনা চংজরে, অতুদগী প্রভুন লাক্তুনা পম্পা সরোবরদা ইরু য়াইরে। পঞ্চবটীদা লাক্তুনা মতুনা প্রভুনা—পোথাবরে ।।২৮৮।। নাসিক ত্র্যম্বকপু য় গ চৎলকপগা ব্রহ্মগিরিদা। কুশাবর্ত্তদা লাকতুনা মতুদা গোদাবরীগী পোকফমনি ।।২৮৯।। গোদাবরীগী কিচেল তরেং লোংবা অয়াম্বা তীর্থবু য়েংলগা। অমুক হন্না বিদ্যানগরদা প্রভুনা লেংলক্লবদা ।।২৯০।। রামানন্দরায়না প্রভুগী লেংলকপা পাওবু তারবতা। প্রভুগী চরন্দা লাকতুনা মুংঙাইনা য়ান্না তীন্নরে।। ২৯১ ।। দণ্ডবৎ ওইনা তাতুনা চরণদা পায়তুনা থুকনজে। আলিঙ্গন তৌতুনা প্রভুনা মাবু শাংহল্লে ।২৯২।। মপু মনাই অনিনা প্রেমদা চংদুন কপ্পব তৌরক্তে। প্রেমদা চংতুনা অনিগী পুকনিদ থামথোকলে ।২৯৩।। মিৎকুপ কয়া-মরুমদা মপু মনাই অনিনা তপথরে। অয়াম্বা হন খুদব ওখতা ওইনা ফম্মরে ।। ২৯৪ ।। তর্থদা চংপগী রা পুম্নমকপু প্রভুনা হায়রবই। কৃষ্ণকর্ণামৃত, ব্রহ্মসংহিতা লাইরিক অনিবু পীবিরে ।।২৯৫।। পভুন চায় নংনা অতুম্না হায়বা সিদ্ধান্ত-শিংদা। অসিগুম্বা লাইরিক অসিদা পুম্নমক্কা সাক্ষী পীবে। ২০৬ ।। লাইরিক ফংলতুনা রামানন্দনা মুঙাইবা ওইখবে। প্রভুগা লোয়ননা চুপমিন্নবগা লাইরিক্তো ইহুনা থমতোরে ।।২৯৭।। 'শ্রীচৈতন্যগোসাঞিনা লেংলকলে' খুন্দা নিনথোনবে। গোসাঞিবু য়েংগদবদা মীপুম্নমক লাক্লবদা ।২৯৮। মীয়ামবু উবদা রামানন্দনা মযুমদা চংখবে। প্রভুবু শান্নগী ব্রাহ্মণ নিমন্ত্রণ কৎলবদা লেংথতুনা স্নান তৌরগা ভিক্ষা পীদমক লেংশিনখরে ।।২৯৯।। ভিক্ষা ফংলগা গোদাবরী মপান্দা লৈরবা পভুগী চরন্দা অহিংদা অমুক হন্না লাক-তুনা রামানন্দনা খুকয়লগা মপু মনাই ফমথরে। মপু মনাই অনিনা কৃষ্ণগী রাতনা অহিং তুমদরে ।।৩০০। মপু মনাইনা কৃষ্ণগী রাতনা অহিং মংথিন লেনবা ওইরি। যামনা মুঙাইনা কুমিৎ মঙানি তরেৎনি ইথরে ।।৩০১।। রামানন্দনা হায়, গোসাঞি নংগী য়াথং ফংতুনা। ঐনা নোংলকনা তৌতুনা নিংথৌদা লাইরিক ইথি ।।৩০২।। প্রতাপরুদ্রনা ঐঙোন্দা নীলাচলদা চংনবা য়াথং পী-বক্লে। ঐনা চংননবা থৌরাংলিঙৈদা প্রভুনা

লেংলকপনা হাল্লে ॥৩০৩॥ প্রভুনা হায়, ঐনা মফমসিদা মরম অতুগীদমক্তা লাকপনি। নংবু পুহনা নীলাচলদা ঐনা চংলগনি॥ ৩০৪॥ রায়না হায়, প্রভু। হান্না নীলাচলদা লেংবিবো। ঐনা লোইনরিবা শামু শগোল, নিল খোংলিবা লানমী ময়াম॥ ৩০৫ ॥ মসিদা মুমিৎ তবানিদং নৈরগা নিংথৌদা পুন্নমকসিবু মতোল্লোম্না শাসনগা শিন্নথিগে। কোন্না নংগী তুং ইন্না ইন্না ঐনা লাকচগে ॥৩০৬॥ মহাপ্রভুনা অতুগী মতুংদা মংডানদা লাক্লবা য়াথং পীবিরমলগা। মুংডাইনা প্রভুনা নীলাচলদা লেংলকলে॥ ৩০৬॥ প্রভুনা অতুগুম্বা হান্না লাকপা লম্বীদা হন্দুনা লেংলকই। অতুগুম্বা লম্বীদা লেললকপা প্রভুবু বৈষ্ণবশিংন— উরহুনা॥ ৩০৮॥ হোগত্তুনা মীয়ামনা চংনা চংনা হরি ধ্বনি তৌই। উএতুনা প্রভুনা (গৌবহবিনা) যামনা নুংডাইবা ফংথরে ॥৩০৯॥ আলাল নাথদা লাকলতনা কৃষ্ণদাসবু হান্না থাথরে। নিত্যানন্দনচিংবা মনাইশিংদা লাকলে হায়কবে ॥৩১০॥ প্রভুগী লেললকপা মবোন তাবদা শ্রীনিত্যানন্দনা। হৌগংতুনা চেন্ন চেন্না চংলকনে, পেমনা তপথবা ফদবে। ৩১১॥ জগদানন্দ, দামোদর পণ্ডিত, মুকুন্দ থিবিকনা। জগোহ শাহুনা চংলকলে, হকচাংদা নুংডাইবনা পুবা উমদ্রে॥ ৩১২ ॥ গোপীনাথাচার্য্যনা নুংডাইবা ওইতুনা চেল্লকলে। প্রভুব লম্বীদা ফংলহুনা পুম্নমকনা তীন্নরবে ॥৩১২॥ প্রেমদা চংতুনা প্রভুনা পুম্নমকপু কোনবিরে। প্রেমদা চংহুনা পুম্নমকনা নুংডাইনা কপলকলে॥ ৩১৪ ॥ সার্ব্বভৌম ভট্টাচার্য্যনা নুংডাইবতন চংলকলে। ...রগী মপান্দা লাক্তুনা প্রভুদা তীনজরবে ॥ ৩১৫ ॥ সার্ব্বভৌমনা মহাপ্রভুগী চরন্দা তাররে। প্রভুনা মাবু হোৎহল্লগা কোনবিরে ॥৩১৬॥ প্রেমদা চংহুনা সার্ব্বভৌমনা কপ্পা তৌরকলে। পুম্নমক্পা লোয়ননা লাকতুনা প্রভুনা ঈশ্বরবু দর্শন তৌররে॥ ৩১৭ ॥ শ্রীজগন্নাথবু উবদা প্রভুগী প্রেমদা চংবা ওইথরে। নিকপা, হুমাং শৌবা, তুকুংবা, পি তাবনা হকচাংদো তাওরে॥ ৩১৮ ॥ প্রেমদা চংবা ওইনা প্রভুনা য়ামনা জগোই শারকলে। পাণ্ডাগী মপৈনা প্রসাদী, লৈ পরেং পুহনা পুম্নমক্ক লাকতুনা ॥৩১৯॥ পীনবা প্রসাদী লৈ পারেং ফংলবা তুংদা প্রভুনা তপথরে। শ্রীজগন্নাথগী সেবকশিং পুম্নমককা নুংডাইনা তিন্নবে। ৩২০ ॥ কাশী মিশ্রনা লাকতুনা প্রভুগী চরন্দা তাররে। ইকাইখুম্নতুনা প্রভুনা মাবু আলিঙ্গন তৌবিরে ॥৩২১॥ জগন্নাথগী পড়িছানা লাকতুনা প্রভুগা তিন্নবরে। প্রভুবু পুহনা সার্ব্বভৌমনা মাগী য়ুমদা লাকলে ।৩২২॥ "ঐগী য়ুমদা ভিক্ষা লৌবিয়ু" হায়হুনা নিমন্ত্রণ তৌরে। লুরলবা মহাপ্রসাদীবু লৌহল্লুরে ॥৩২৩॥ মনাইশিং লোযনহুনা স্নান তৌরুরগা। লাকতুনা সার্ব্বভৌমগী ময়ুমদা প্রসাদী ফংলরে॥ ৩২৪ ॥ ভিক্ষা ফংহল্লগা মাবু তুম্বরু তৌহল্লে। সাবর্বভৌম মসানা শ্রীচরণ সম্বাহনবু তৌজে॥ ২৩৫ ॥ প্রভুনা মাবু থাহুনা প্রসাদী চাবরু তৌহল্লি। মাগী নুংশিবতনা অহিং অহ মাগী ময়ুমদা প্রভুনা লৈরে।৩২৬॥ অমদি থৌগল্লিবা ভক্তশিংনা সার্ব্বভৌমগা লোয়ননা তীর্থ লেংবগী য়ারি তাহুনা তুমদনা থাংবরু তৌরে॥৩২৭॥ প্রভুনা হায় অমুক ওইবা তীর্থশিংবু কোইবরু তৌবকপদা। নংগা মান্নবা বৈষ্ণব ১তং ঐনা উবক্তে। ৩২৮॥ বামানন্দরায় মতোমতনা য়ামনা নুংডাইবা পীবকই। ভট্টনা হায় মরম অতুগীদমক্তা তিন্নবদগী হায়জবনি ।৩২৯॥ প্রভুনা তীর্থ চংপগী য়ারিবু অস্তমনা মতোল লোমজবে। শাস্ত্রাকনা শিংথাক্লদরে সুপলপনা হায়জরবনি ॥৩৩০॥ লোমদবা চৈতন্যগী য়ারিনি হায়গদবদা

থংজদে। পামজবনা ইকাইববু চাহুনা লীলাবু জেন্না লেংজনি ॥৩৩১॥ প্রভুগী তীর্থ চৎপা রারিবু শ্রী অহুনা তাজরবদা। চেংলবা প্রেম লম্না শ্রী-চৈতন্যগী শ্রীচরণবু ফংজৈ ॥৩৩২॥ শ্রীচৈতন্যগী অমচংপু থাজনা ভক্তি তৌনা তাও। নাপনবু থদোক্তুনা চিন্দা হরি হরি শোল্লো ॥ ৩৩৩ ॥ অসিগুম্বা কলি কান্দা অতোপপা মচং ১ লৈতে। হরি নামতনি হায়না বৈষ্ণশিংনা বৈষ্ণবকী লাই-বিক্তা অচেৎপসি হায়রি ॥ ৩৩৪ ॥ শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি মপান নাইদবা অসুপ্পনি। চংববু তৌ গদববা ভমজদবে, মপান্দা লৈহুনা শোকচবনি ॥ ৩৩৫ ॥ শ্রীচৈতন্যগী মাংত্রবা মচংপু থাজনা তাববদা অহুম্বা মীনা অহুক্কী মথৈবু খনবদা মডোন্দগী প্রেম লনবু ফংগনি ॥৩৩৬॥ শ্রীরূপ-রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যগী অরপ্পা লমচংপু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥৩৩৭॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা শ্রীচৈতন্যগী অমাংবা লৈবা অরেপ্পা মিংচং দক্ষিণ দেশগী তীর্থবু কোয়বা হায়বা মাপনগুবা পরিচ্ছেদনি।

# দশম পরিচ্ছেদ

তং বন্দে গৌরজলদং স্বস্য যো দর্শনামৃতৈঃ বিচ্ছেদাবগ্রহম্লান ভক্তশস্যান্যজীবয়ৎ ॥১॥

**অন্বয়ঃ**।—যঃ—মানা, বিচ্ছেদাব গ্রহম্লান,ভক্তশস্যানি—মাগা কাইনবনা নোংকাংলবা খুইথরবা ভক্ত মহৈ-মরোংশিংবু, স্বস্য— মাগী, দর্শনামৃতৈঃ— উংঙবনা, অমৃতবু থিকথবকপা ওইহুনা, অজীবয়ৎ— হিংহনখি, তং—অদুগুম্বা গৌরজলদং— গৌরাঙ্গ নোংবু, বন্দে — ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

**অনুবাদঃ**।—শ্রীগৌরাঙ্গ ইবুংঙো মাগা কাই-নবদগী অরাবা নোংকাংবনা খুইথরবা, ভক্ত মহৈ মরোংশিংবু মাগী শ্রীমূর্ত্তিবু উহনবা অমৃতবু থিক-থরকপা ওইহুনা, হিংহনখি। অদুগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গ নোংবু ঐনা খুরুমজৈ। ইতি ॥১॥

শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজৈ, গৌরভক্তগী মপৈবু খুরুমজৈ ॥ ১ ॥ অহানবা শ্রীমহাপ্রভুনা দক্ষিণদা চৎলুরৈ মতম অদুদা। প্রতাপরুদ্র নিংথৌনা মতমদুদা সার্ব্বভৌমবু কৌহল্লরে ॥ ২ ॥ ফমুননবা আসন থাই ফমজলবদা নিংথৌনা খুরুম্লগা মতমদুদা মহাপ্রভুগী পাওবু মডোন্দা হংলকলে ॥৩॥ নংগী যুমদা পুরুচল চাওরবা ইবুংঙো অমা লৈ তারে। মহাকনা থৌজালগী মশকনি গৌড়দেশ দগী লাকহুনা ॥ ৪ ॥ নডোন্দা য়ামনা থৌজানবিরে মী পুম্নমকনা হায়নৈ। থৌজানবিয়ু ঐডোন্দা মহাক্কী শ্রীচরণবু উহনবিয়ু ॥৫॥ ভট্টনা হায় অদুম্বা তারিবদো মহুনা অচুম্বনি। মহাককী উথদো—

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১ম স্কঃ ১৩ অঃ ৮ শ্লোকঃ।

ভবদ্বিধা ভাগবতাস্তীর্থীভূতাঃ স্বয়ং প্রভো। তীর্থীকুর্বন্তি তীর্থানি স্বান্তঃস্থেন গদাভৃতা ॥২॥

নহাক্না ফংবা যারোইবো ॥৬। সংসার থাদোক্নবা সন্ন্যাসনি মান্না অচিকপদা লৈরবনি। নিংথোগা উনবদা মং ফাওবদা মানা তৌদবে ॥ ৭ ॥ অঙ্গম-ওইত্নুনমকপু মবম অমনা নঙোন্দা উজনবা তৌ-রককে। হৌজিকমক্তি মানা দক্ষিন্দা লেংখ্রিযে ॥ ৮ ॥ নিংথৌনা হায়—শ্রী জগন্নাথবু থাদোক্তুনা কবিগী লেংখ্রিবা? ভট্টনা হায়, মতিক মগুণ লৈবশিংগী মসিনা শান্নানিংবা অমনি ॥ ৯ ॥ তীর্থবু সেংবিনবগীদমক্তা তীর্থবু কোয়খ্রিবনি। পাওথোং অসিনা সংসাবগী মীযাম্বু লান্‌বিবিবনি ॥ ১০ ॥

২ শ্লোকী আ ১।১৩১ শংবদা যেংউ।

বৈষ্ণব ওইবগী মসি অবেপ্না পুকচেল অমনি। ইবুংঙোদে জীব নত্তে— মনিং তম্বা শ্রীকৃষ্ণনি ॥১১॥ নিংথৌনা হায়, মাবু নংনা কৈদোঢ়ংা চং-হলখ্রিবা। চরন্দা পায়থুনা করিগী চেকশিন্না থামহৌদবগে? ॥ ১২ ॥ ভট্টাচার্য্যনা হায মাদি মনিং তম্বা ঈশ্বর শ্রীকৃষ্ণনি। মাদি শ্রীকৃষ্ণনি সংসংনা মীগী মথা পোলবা নত্তে ॥১৩॥ ওই-ত্নুনমকপু য়াম্না চেকশিন্না তৌথুনা থামজবদা। মনিং তম্বা ঈশ্বরগী অনিংবনা, থমগদবদা চুমজন্রে ॥১৪॥ নিংথৌনা হায়, ভট্টা! নংনা অথংবগী মণিনি। নংনা মাবু শ্রীকৃষ্ণনি হায়রিবা মথুদবু অরেপ্পনি য়াজ্জরি ॥১৫॥ অমুক হন্না মসিদা মানা লাকপা ওইরবদি। অমুক্তংদা আশ্বাসি কত্তুনা য়েংজগে মিংকী মহৈ য়াঙ্গগে ॥ ১৬ ॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়—বান্য কোয়রুবগা তীর্থদগী কুইদনা হল্লকনি, মঙোন্দা অচিকপা লৈনবা মফম অমতং কংসিদনা ॥১৭॥ শ্রীজগন্নাথগী মনাক্তা অমদি অচিকপস্থু ওই-রবা? অপুন্না লেপলগা লৈফম অমতং কংলুদনা ॥১৮॥ নিংথৌনা হায়, গুরুদেব কাশীমিশ্রগী মযুমসি। শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী মনাকনি য়াম্নসু অচিকপনি ॥১৯॥ অমুক্তা হায়নৌ অসি হায়রগা নিংথৌনা ফংনিংথুনা লৈথৌরে। বিদায় লৌথুনা ভট্টাচার্য্যনা কাশীমিশ্রগীদা চত্তুনা লোইনা হায়রে ॥ ২০ ॥ কাশীমিশ্রনা হায়—ঐদি য়ামনা লাইবক ফরেদা। ঐগী যুমদবু প্রভুগী শ্রীচরন্না লেংশিন্দুনা লৈবি-ববদি পোইরে ॥ ২১ ॥ অস্তুমনা ক্ষেত্রদা লৈরিবা অযাম্বা মীশিংনা সার্ব্বভৌমদা চংজথবে। প্রভুদা তীন্নগদবদা পুন্নমককী পুক্নিংনা ফংগে নিংনরি ॥২২ মতম অতুদা অয়াম্বা মীশিংগী ফংনিংবদো ঙমথৈ নাইদনা হেনগংলি। মতমতুমক্তদা শ্রীমহা-প্রভুনা দক্ষিন্দগী লেংলকতুনা লৈরবদা ॥ ২৩ ॥ তবদা পুন্নমককী মুংঙাইবা ওইরকলে। পুন্নমক্না তিন্নথুনা সার্ব্বভৌমদা হায়জববু তৌরে ॥ ২৪ ॥ প্রভুগা লোযনত্তুন ঐখোয় পুন্নমকক তিন্নহনবিয়ু নংগী থৌজান্দগী শ্রীচৈতন্যগী চরণবু ফংজরগে ॥২৫॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, হয়েং কাশীমিশ্রগী য়ুমদা প্রভুনা লেংগদৌরি, মথুদা পুন্নমকপু তিন্নহনগে ॥২৬॥ মতুংগী মুমিত্তা মহাপ্রভুবু ভট্টাচার্য্যনা থৌ-গন্দুনা। শ্রীজগন্নাথবু য়েংবদা য়ামনা থোইনা মুংঙাইখরে ॥২৭॥ মথুদা সেবকশিংনা মহাপ্রসাদী পিথুনা তিন্নরে। মহাপ্রভুনা মখোয় পুন্নমকতা কোনবিয়ক্লে ॥২৮॥ দর্শন তৌরগা মহাপ্রভুনা মপান্দা লেংথোক্লক্লে। ভট্টাচার্য্যনা মাবু কাশীমিশ্রগী ময়ুমদা পুরকলে ॥ ২৯ ॥ কাশীমিশ্রনা লাক্তুনা প্রভুগী চরন্দা তাররে। য়ুমগা লোয়ননা আশ্বাবু মঙোন্দা হায়জথুনা কংলে ॥৩০॥ প্রভুনা পাম্বোম মরি পানবা মশকপু মঙোন্দা উহল্লে। মঙোন্দা

কোনবিহুনা মনাই ওইবিরে পুন্নমক লৌখিরে ॥৩১॥ মতম অদুদা মহাপ্রভুনা মতুদা আসন্দা—ফম্নলবগা। মায়কৈ মখিদা নিত্যানন্দনচিংবা তকুশ্লিংনা কমতুনা থৌগল্লি ॥ ৩২ ॥ মুংডাইরে প্রভুনা লৈকমগী নিংথিজবদো য়েংই। অদুগুম্বা লৈকমনা প্রভুগী অয়াম্বা মতোন লোমনা থুংবা ওইরে ॥৩৩॥ সার্ব্বভৌমনা হায়—প্রভু! নংগী মতিক চাবদি লৈফমসিবু। "নংনা য়াবিয়ু" মসিনা মিশ্রগী অপাম্বনি ॥৩৪॥ প্রভুনা হায়—অসিগুম্বা হকচাংসি নথোয় পুন্নমক্কীনি। অদুমনা নংনা হায়বা মতুবু ঐগী অয়াবা মতৌনি ॥ ৩৫ ॥ মতুংতুদা সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী য়েংওইননা ফমতুনা অয়াম্বা ক্ষেত্রদা লৈবা পুন্নমককী তিন্নহনগে হায়না হঙ্গংলকলে ॥৩৬॥ হে প্রভু! অসিগুম্বা মীযাম্ অসি ক্ষেত্রদা লৈজবা ডাকুনি। ইবুংডো নংগা তিন্নজগদবদো পামজতুনা লৈজরবনি ॥৩৭॥ অদুম্বা খৌরাংলবা নোংগোবীনা নোংতা কৌজবা। অদুগুম্বা পুন্নমকসিনা হায়জবনি, মযাম্বু য়াবিযু ॥ ৩৮॥ শ্রীজগন্নাথগী সেবকনি মমিং জার্দ্দন কৌই মসিনা মুমিৎ তবামডানি শ্রীজগন্নথগী শ্রীঅঙ্গরাগ সেবা চহিগী তৌজবনি ॥ ৩৯ ॥ কৃষ্ণদাস কৌই মসিনা সনাগী চৈ পায়তুনা মিসেন থাংবনি। শিখিমাহিতি কৌই মসিনা জগন্নাথগী লন্ ইতুনা য়াযেল্লিবনি ॥ ৪০ ॥ প্রদ্যুম্নমিশ্র মানা বৈষ্ণবকী অথোইবনি। জগন্নাথ দাস কৌই মানা পুজারীগী হজবনি ॥ ৪১ ॥ মুরারি মাহিতী শিখিমাহিতীগী মনাওনি। মানা নংগী চরণবু নতনা অতোপ্পা পাজল লৈজদে ॥৪২॥ চন্দনেশ্বর, সিংহেশ্বর, মুরারি ব্রাহ্মণ। বিষ্ণুদাস কৌবসিনা নংগী শ্রীচরণবু নিংজবনি ॥৪৩॥ মসিনা প্রহরাজ মহাপাত্রনি য়ামনা পুকচেল ফজবনি। মাগা লোয়নরিবসিনা পরমানন্দ মহাপাত্রনি ॥৪৪॥ পুন্নমক অসিনা বৈষ্ণবনি মথোয়না ক্ষেত্রগী লৈতেংনি। লোংদবা পুকচেল্লা পুন্নমকসিনা নংগী চরণবু নিংজবনি ॥৪৫॥ হায়রবা মতমদা পুন্নমকতুনা প্রভুগী চরন্দা খুরুমজনা—দণ্ডবৎ তারে। পুন্নমক্তা কোনবিহুনা প্রভুনা খৌজানবিহুনা মনাই ওইবিরে ॥৪৬॥ মতমসিদা মতুদা বায়ভবানন্দনা লাক্তুনা। মচা মরিগা লোয়ননা মহাপ্রভুগী শ্রীচরন্দা তাররে ॥৪৭॥ সার্ব্বভৌমনা হায়, মসিনা রায়ভবানন্দনি। মহাককী মচা অহুম্নি ননাই রামানন্দদো ॥৪৮॥ মতমতুদা মহাপ্রভুনা মডোন্দা কোনবিরে। থাগতুনা রামানন্দগী য়ারম.দা হায়বক্লে ॥৪৯॥ রত্ন ওইবা রামানন্দবু নংগী নচা ওইবা। মহাককী মতিকপু মীওইবনা হায়বদা ডমলোই ॥৫০॥ সংসারনা নংসি পাণ্ডুনি, নংগী মুপীনা কুন্তিনি। নংগী মপুকচেল ফজববা নচা মঙানা পাণ্ডব মঙানি ॥ ৫১ ॥ রায়ভবানন্দনা হায়, ঐদি শূদ্রনি বিষয় অতোনবনি। ঐডোন্দা শোকপিবা অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মশকনি থংজবে ॥৫২ ঐগী ইযুম, ইরন, ইনাই, ইচা মঙাগা লোয়ননা। ঐগী আত্মাসি নংগী শ্রীচরন্দা ঐনা কৎচরবনি ॥৫৩॥ বাণীনাথ অসিনা নংগী শ্রীচরন্দা লৈজরসম্ম। মতমতুদা অদুম্বা য়াথংদো মানা সেবা তৌজসম্ম ॥৫৪॥ ঐগীনি থন্দুনা ননাইবু চিংনবিরোইদবা ওই। মতমতুদা অদুমতা নিংবা নংগী য়াথংদো মডোন্দা পীবিযু ॥৫৫॥ প্রভুনা হায় করি চিংনবা নংদি অতোপপা নত্তে। মপোক মপোক্তা শাগৈগা লোয়ননা ঐগী ইনাই ওইবনি ॥৫৬॥ মুমিৎ ৫ নি ৭নিগী মমুংদা রামানন্দনা লাককনি। মাগা লোয়নরবদা ঐগী নিংবা থুংতুনা মুংডাইরগনি ॥৫৭ অসি হায়তুনা প্রভুনা মাবু কোনবিরগা। মাগী মচাশিংগী মকোক্তা শ্রীচরণবু পুখল্লি ॥ ৫৮ ॥ অদুগী মতুংদা মহাপ্রভুনা মাবু মরুমদা থাম্বরে। বাণীনাথ পট্টনায়কপু লাক্তা থমহৌরে ॥ ৫৯ ॥

ভট্টাচার্য্যনা মী পুন্নমকপু বিদায় তৌখরে। মতুং অদুদা প্রভুনা কৃষ্ণদাসবু কৌশিল্লক্রে ॥৬০॥ প্রভুনা হায়— ভট্টাচার্য্য। তাঝো মহাককী মরমচৎপু হায়গে। মাগা ঐগা লোয়নদুনা দক্ষিন্দা চংমিন-নৈদনা ॥৬১॥ ঐবু খাদোকলগা ভট্টামরিদা লোন্না চংখরে। ভট্টামারিদগী মহাকপু লৌথোক্লক্লগা ঐনা পুরকপনি ॥৬২॥ হৌজিক্তি ঐনা পুরকপদো ময়সিদগী বিদায় তৌরবনি। মতু-মতুদা চংখ্রো, অমদি ঐগা লৈমিন্নবগী দায় লৈত্রে ॥৬৩। অসি তাবদা কৃষ্ণদাসনা কপথংলকলে। ইরুজগদবগী-দমক্তা হৌগত্তুনা মহাপ্রভুনা লেংখ্রে। ৬৪॥ শ্রী-নিত্যানন্দ জগদানন্দ, মুকুন্দ, দামোদব। মখোয় মবিনা মতম অদুদা খন্নদুনা লেপলে ॥৬৫॥ গৌড়-দেশদা মী অমতং শোয়দনা থাবা তাই। চত্তুনা শচীদা প্রভুনা তীর্থ হল্লকপা পাওবু হায়কবা তাই ॥ ৬৬ ॥ শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীবাসনচিংবা অযাম্বা ভক্তশিংনা। প্রভু লাকলে তাবদা পুন্নমকনা লাক-চনবা ॥ ৬৭ ॥ কৃষ্ণদাসসি গৌড়দেশদা থানবা পীরসি। অসি হায়দুনা মাবু থাম্বীদুনা থমথরে ॥৬৮॥ মতুংগী মমিত্তা প্রভুগী মফমদা হঙ্গং-লরে। য়াথং পীরো গৌড়দেশদা মী অমত থাদবা য়াদরে ॥৬৯। নংনা দক্ষিন্দা চংখিবা শচীমাইনা তারিলিদো। লৈরিবা অদ্বৈতনচিংবা বৈষ্ণবশিংনা ঝাবা ফংলিগনি॥ ৭০ ॥ মী অমতং চত্তুনা অফবা য়ারম পাওবু হায়রুসি। প্রভুনা হায়—মতুবু নংগী অপাম্বা ওইবা মতুমক তৌবিরো॥ ৭১ ॥ হায়রবা মতমদা অহুগুম্বা কৃষ্ণদাসদো গৌড়দেশদা থাগদ-বগী থুরুমহল্লে। শ্রীশচীনচিংবা ভক্তশিংদা পীন-বগী প্রসাদী নির্ম্মাল্যবু পীরক্লে॥ ৭২ ॥ অদুদগী কাল্লা কৃষ্ণদাসনা গৌড়দেশদা লাক্কুনা। শ্রীধাম নবদ্বীপ্তা, কালানা শ্রীশচীমাইগী মনাক্তা চংলক্লে ॥৭৩॥ প্রসাদবু পীরগা শচীদা খুরুমজরগা। "দক্ষিন্দগী প্রভুনা লাকপা" হা পুন্নমকপু হায়রকই ॥৭৪॥ তাবদা শ্রীশচীমাইগী পুকনিংনা মুংঙাইবা ওইরে। শ্রীবাসনচিংবা অমদি অয়াম্বা ভক্তশিংনা ॥৭৫॥ তারদুনা পুন্নমককী য়ামনা মুংঙাইবা ওইরে। শ্রীঅদ্বৈতআচার্য্যগী য়ুমদা কৃষ্ণদাসনা চত্তুনা ॥৭৬॥ আচার্য্যদা প্রসাদী পীরগা খুরুমজরকই। শ্রীমহা-প্রভুগী পাওবু চংখোন্না তমলকলে ॥৭৭॥ তাদুনা অদ্বৈত আচার্য্যনা থোইদোকনা মুংঙাইবা ওইরে। প্রেমদা চংদুনা ডংই, জগোই, ঈশৈ য়ামনা তৌই ॥৭৮॥ শ্রীহবিদাস ঠাকুরগী থোইদোকনা মুংঙাইবা ওইরে। বাসুদেবদত্ত, মুরারি গুপ্ত, শিবানন্দ কোয়া ॥৭৯॥ আচার্য্যরত্ন অমদি পণ্ডিত বক্রেশ্বর। আ-চার্য্যরত্ন অমদি গদাধব পণ্ডিত ॥ ৮০ ॥ শ্রীরাম পণ্ডিত অমদি দামোদর পণ্ডিত। শ্রীমান পণ্ডিত অমদি বিজয় শ্রীধর॥ ৮১। রাঘব পণ্ডিত অমদি আচার্য্য নন্দন। অমদি প্রভুগী ভক্তশিংনা য়ামখ্রে কয়ামরুম্বু হায়রসিবা ॥৮২॥ তারদুদা পুন্নমককী থোইদোকনা মুংঙাইবা ওইবে। পুন্নমক তিন্ন-দুনা অদ্বৈতগী মনাক্তা লাকতুনা ॥ ৮৩ ॥ অদ্বৈতগী চরন্দা পুন্নমকনা খুরুম্ববু তৌরি। আচার্য্যগো-সাঞিনা মথোয়দা কোনবিববু তৌরে ॥৮৪॥ মুমিৎ নিনি ছমনি আচার্য্যনা মহোৎসব তৌই। নীলা-চল চৎকদবদা চেংনা লেপনরবা, অদুগী তুংদা ॥৮৫॥ অমতা ওইনা পুন্না পুন্নমকনা নবদ্বীপ্তা—লাক্কুনা। শ্রীশচীমাইগী য়াথং লৌরগা নীলাচলদা চংনবগী অদ্বৈতগীদা থুংলরে। ৮৬॥ প্রভুগী পাও তাদুনা কুলীনগ্রামদা লৈবশিংনা। সত্যরাজগা য়ামনা মুংঙাইনা তিন্নদুনা মহুদা লাকলে॥ ৮৭ ॥ মুকুন্দ, নরহরি, রঘুনন্দন খণ্ডদগী। নীলাচলদা চৎকদবগী আচার্য্যগী মফমদা লাকলে ॥৮৮॥ মতম অসিদা পরমানন্দপুরী দক্ষিন্দগী ক্ষেত্ররোম-দগী। নদীয়া নগরদা গঙ্গাগী মপান, মপান্দা

তথাহি—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ৮ অং ১৪ শ্লোকঃ।

**হে লোকোত্তরচিত্তখেদয়া বিশদয়া প্রোন্মীলদামোদয়া শাম্যচ্ছাস্ত্রবিবাদয়া রসদয়া চিত্তার্পিতোন্মাদয়া। শশ্বদ্ভক্তিবিনোদয়া সমদয়া মাধুর্য্যমর্য্যাদয়া শ্রীচৈতন্য দয়ানিধে। তব দয়া ভূয়াদমন্দোদয়া।।৩।**

**অন্বয়ঃ**—শ্রীচৈতন্য—হে শ্রীচৈতন্য, দয়ানিধে—হে দয়ানিধি, হে লোকোত্তর-চিত্ত-খেদয়া—লাইনা মৈচাক কোকহল্লতুনা, বিশদয়া—মজুবা ওইতুনা, প্রোন্মীলদামোদয়—থোইদোকপা হুংঙাইবব থোকহল্লবা, শাম্যচ্ছাস্ত্রবিবাদয়া—লাইরিককী ৱাথোক কোকহল্লবা, রসদয়া—রসবু পীতুনা থংনা চাহল্লবা, চিত্তার্পিতোন্মাদয়া—থমোইদা ময়াই কাহলতুনা, শশ্বভক্তি-বিনোদয়া—তত্তনা ভক্তিদা হুংঙাইবা পীতুনা, সমদয়া—শ্রীকৃষ্ণদা পুক্নিং লেপ্পবু পীতুনা, মাধুর্য্য মর্য্যাদযা—মীপুক হুবগী মচাত্তো পীতুনা, অমন্দোদয়া—অয়াম্বু থোকহল্লবা, তব—নংগী, দয়া—থৌজাল্লা) ভূয়াৎ—ওইরসনু। ইতি ।।৩।।

লাকতুনা।। ৮৯ ।। শ্রীশচীগী মন্দিরদা হুংঙাইনা পোথারম্বি। শচীনা ইকাই খুম্না মাবু ভিক্ষাবু পিজরে ।। ৯০।। মতুদা প্রভুনা লেংলকপগী খানা পাও তারে। থুনা নীলাচলদা চংকদবগী মানা পামলকলে।। ৯১।। প্রভুগী কমলকান্ত কৌবা ভক্ত ব্রাহ্মণ অমা লৈ। মাবু পুতুনা নীলাচলদা চংপবু তৌরকলে ॥ ৯২॥ থুনা লাকতুনা মানা প্রভুগা তিন্নররে। প্রভুগী হুংঙাইবা ওইরে মাবু ফংলবদা।। ৯৩। প্রেমদা চংতুনা মাগী চরন্দা প্রভুনা থুকমই। মানা প্রেমদা—চংতুনা প্রভুদা কোল্লকলে।। ৯৪। প্রভুন হায়, নংগা লোয়নতুনা লৈমিন্নজগে নিংই। ঐঙোন্দা কৃপা তৌবিতুনা নীলাচলদা লৈবিরো।। ৯৫ ।। পুরীনা হায়—নংগা লোয়নননা লৈমিন্নগে নিংতুনা। গৌড়দেশদগী নীলাচলদা চংলুরগা লাকপনি ॥ ৯৬॥ দক্ষিন্দগী নংগী লাকপগী পাওবু তারবদা শচীগী অয়াম্বা ভক্তশিংগা হুংঙাইবা ওইহৌরে ॥ ৯৭ ।। পুন্নমক্না লাক্কদহৌরে, নংবু য়েংগদবগী। মথোয় পুন্নমক্কী খিনগদবা উবদা ঐনা থুনা লাক্কবনি ॥ ৯৮ ।। কাশীমিশ্রগী লৈফমদা অচিকপা [illegible]। প্রভুনা মঙোন্দা পীরে অমদি—[illegible] পীরে ।।৯৯।। মতুংগী হুমিংতা স্বরূপ দামোদর লাকলে। প্রভুগী য়ামনা মতুং চনবা অচেৎপা রসগী সমুদ্রনি ।। ১০০ ।। পূর্ববাশ্রমদা হান্না মাগী মমিং পুরুষোত্তম আচার্য্য কৌরম্মী। মানা নবদ্বীপতা প্রভুগী চরন্দা লৈরম্বনি ।। ১০১ ।। প্রভুগী সন্ন্যাসবু উবদা ময়াই কাবা ওইতুনা। বারানসীদা চত্তুনা সন্ন্যাসী ধর্ম্মবু লৌরুই ।। ১০২ ।। চৈতন্যানন্দ গুরুনা" মঙোন্দ' য়াথং পিতুনা। অয়াম্বা বেদান্ত তম্লীবা মীশিংদা বেদান্তবু তম্বীহল্লি ।। ১০৩। অখোইবা বিরক্তিনি মানা অখোইবা পণ্ডিতনি। পুক্নিং হকচাংনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাদা চংতুনা লৈজবনি ॥ ১০৪ নিংঙাইবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণবু নিংঙুগে অসিগী মরমগীদমক। ময়াই কাবা ওইতুনা মানা—সন্ন্যাসবু লৌরুরিবনি ।। ১০৫ ।। সন্ন্যাস তৌতুনা শিখানে, নগুমে থাদোকপা মশকনি। যোগপটদি লৌত্রি অতুবু স্বরূপ কৌই ।।১০৬।। গুরুগী মফমদগী য়াথং লৌতুনা নীলাচলদা লাকপনি। অহিং হুংথিলদা কৃষ্ণগী প্রেমদা হুংঙাইবনা চৎপনি ।। ১০৭ ।। পণ্ডিতকী ওমথৈনি, কনাগা—লোয়নননা ৱা ঙাংনদে। অচিকপদা লৈবনা অয়াম্বা মীশিংনা থংদে ।। ১০৮ ।। শ্রীকৃষ্ণগী তত্ত্ববু খঙই হকচাংদো প্রেমগী মশকনি। সংসনা অনিত্তবা

তথাহি—রঘুবংশে ১৪ সর্গে সীতাবনবাসে ৩৪ শ্লোকঃ।

স শুশ্রুবান মাতরি ভার্গবেণ পিতুর্নিয়োগাৎ প্রহৃতং দ্বিষদ্বৎ।
প্রত্যগ্রহীদ গ্রজশাসনং তৎ আজ্ঞা গুরূণাং হ্যবিচারণীয়া ॥৪॥

অন্বয়ঃ ।—পিতুঃ—মপাগী, নিয়োগাৎ—থৌদাদগী, ভার্গবেণ—পরশুরামনা, মাতরি—মমাদা, দ্বিষদ্বৎ—য়েক্লবগুমনা, প্রহৃতম—খুৎলাগনা থাখি শুশ্রুবান্—য়াথং তারিবা, সঃ—লক্ষ্মণ, তৎ—অদুগুম্বা অগ্রজশাসনম্—ময়াম্বগী রায়েনবু, প্রত্যগ্রহীৎ—লৌথি, হি—মবম অহুন', গুরূণাং—গুরুগী, আজ্ঞা—য়াথং, অবিচারণীয়া—অচুম চুমদা থনফবোহ। ইতি ॥৪॥

থৌজান্দি বেদগী মথা পোন্দে ॥ ১৩৪ ॥ ঈরশ্বরগী থৌজান্দি কাংলুপ শাগৈবু থন্দে। থৌজান্না বিত্তরগী যুমদা শ্রীকৃষ্ণনা চাথবু তৌথি ॥১৩৫॥ ঈশ্বরগী থৌজান্দি মুংশিবগী মখিকতবু য়েংবনি ঈশ্বরগী মনিং তম্বদো, মুংশিবগী খুত্থম চনবা ওইনা চংলিবনি ॥১৩৬॥ ইকাই খুম্নবদগী মুংশিবগী মচংনা কোটি হেন্না মুংঙাই। মহাককী মুংশিবা তাবদা থোইদোকনা মুংঙাইবা ওই। ১৩৭॥ অসি হায়দুনা গোবিন্দদা কোনবিথরে। গোবিন্দনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা খুরুমলে ॥১৩৮॥ প্রভুনা হায়—ভট্টাচার্য্য। য়াথং তোরো। অদুগুম্বা শ্রীগুরুগী মনাইসে ঐগী ইকাই খুম্নফমনি। ১৩৯॥ মসিবু ঐগী সেবা তৌহনগদবদা মতিক ওক্তে। শ্রীগুরুগী যাথংদি পিরকপে, কোকনবা কবি তোগনি ॥১৪০। ভট্টাচার্য্যনা হায়—গুরুগী য়াথংনা হেন্না পাঙ্গল্লি। শ্রীগুরুগী য়াথংদি হিক্তোকফদে লাইবিকনা থংনবা লেপ্পলি। ১৪১।

**অনুবাদঃ** — শ্রীপরশুরামনা মপাগী থৌদাদগী মমাদা য়েক্লবগুম্না খুংলাইনা থাখি। য়াথং তাবীবা লক্ষ্মণনা অদুগুম্বা ময়াম্বগী রায়েনবু লৌথি। মরম অদুনা গুরুগী য়াথং অচুম চুমদা থনফরোহ। ইতি ॥৪॥

অদুগী মথুংদা মহাপ্রভুনা গোবিন্দবু লৌশিল্লে। শ্রীচৈতন্য মহাপ্রভু শ্রীঅঙ্গগী সেবাগীদমক লুচিংববু পীবিরে ॥১৪২॥ "প্রভুগী অচানবা মনাইনি" হায়বদো পুন্নমকনা যানবি। বৈষ্ণব পুন্নমককী গোবিন্দনা মতোন লোম্ববু তৌরি ॥১৪৩॥ অপিকপা অচৌবা ঈশৈ শকপা হরিদাস অনি। রামাইনন্দাই পুন্নমকনা গোবিন্দগী মনাক্তা লৈরদুনা ॥১৪৪॥ গোবিন্দগা লোয়নদুনা প্রভুগী সেবাবু তৌজবি। গোবিন্দগী লাইবক ফবগী ভমথৈদি শিংথাবা ভমলোই ॥১৪৫॥ অদুগী মতুংগী নুমিত্তা মুকুন্দদত্তনা প্রভুগী মফমদা হায়। ইবুংঙোবু য়েংগনি হায়দুনা ব্রহ্মানন্দভারতী লাকই ॥ ১৪৬ ॥ মতমসিদা য়াথং পিরো, মাবু মফমসিদা পুশিন্লকত্রা? প্রভুনা হায়—মানা গুরুনি মাগী মফমদা ঐনা চংকনি ॥১৪৭। অসি হায়দুনা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়নদুনা। ব্রহ্মানন্দ ভারতীগী মমাংদা লাকপদা। ১৪৮ ॥ ব্রহ্মানন্দনা শক্তিগী মউল শেৎলমলে। মদু উবদা প্রভুগী থমোইদা য়ামনা রাথরে ॥১৪৯। উদুনমকপু মরৈ তৌথরে উদবগী তৌবগুমনা। মুকুন্দদা হাংই, কদাইনো ভারতী গোসাঞিবু ॥১৫০॥ মুকুন্দনা হায়—মাং অসিদা লৈবে মাংওইনা য়েংউ। প্রভুনা হায়—মা নত্তে নংনা জ্ঞান তাদরবরা ॥ ১৫ ॥ অতোপ্পদা অতোপ্পবু হায়রিবা, নংগী জ্ঞান তাদরত্রা। ভারতী গোসাঞিনা করিগী শ্রীকৃষ্ণনা য়াদবা সইন, শাং মদু সেংকদগে ॥১৫২॥ অমদা ব্রহ্মানন্দনা থমোইদা

তথাহি—মহাভারতে সহস্রনামস্তোত্রে ৭১ শ্লোকঃ॥

সুবর্ণবর্ণো হেমাঙ্গো বরাঙ্গশ্চন্দনাঙ্গদী। সন্ন্যাসকৃৎ শমঃ শান্তো নিষ্ঠাশান্তি পরায়ণঃ॥৫॥

তথাহি – ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পশ্চিমবিভাগে ১ লহর্য্যাং ২০ শ্লোকে বিল্বমঙ্গলবাক্যম্।

অদ্বৈতবীথীপথিকৈরুপাস্যাঃ স্বানন্দসিংহাসনলব্ধদীক্ষাঃ।
হঠেন কেনাপি বয়ং শঠেন দাসীকৃতা গোপবধূবিটেন ॥৬॥

**অন্বয়ঃ**—অদ্বৈতবীথীপথিকৈঃ – জীবগা ঈশ্বরগা অমতনি নিংবশিংবা, উপাস্যাঃ—থৌগনবা, স্বানন্দ-সিংহাসনলব্ধদীক্ষাঃ—মাগী স্নংঙাইবা আসন্দা ফম্বা ফংলবা, বয়ং— ঐখোয়বু, কেন-অপি— কনাগুমবা, গোপবধূবিটেন – গোপগী মৌশিংদা পামজবা অমনা, হঠেন— পাঙ্গল থেকনা, দাসীকৃতাঃ— মনাই সুপী ওইহনখবে। ইতি ॥৬॥

রাখল তৌরকলে। ঐগী শক্তি মউনসি মসি-মক্তুনা অফবা ওইদবে ॥১৫৩॥ অচুম্বনি হায়বিবসি শক্তি মউনসি নাপনগীদমক সেংপনি। সউল্ সেংপনা সংসাবসিবু ঐনা লাল্লরাই ॥১৫৪॥ ঙসি-দগী অসিগুম্বা সউল অসি সেংখ্রবাই হায়রকপা। প্রভুনা— ভারতীগী রাখল থংহুনা বহির্ব্বাস পুহল্লকলে। ১৫৫॥ পৌরবদা ব্রহ্মান্দনা সউল হোংদোক্তুনা বহির্ব্বাস সেংলে। প্রভুনা লাক্তুনা মাগী চরন্দা খুরুম্নবু তৌরে ॥১৫৬॥ ভারতীনা হায় জগৎ তম্বীনবগী নংনী লমচৎনি। অমুক হননা খুরুমললগনু, পুকনিংদা কিবা ফংলে ॥১৫৭॥ নীলা-চলদা অচৎপা চত্তবা ব্রহ্ম অনি পুল্লে। চত্তবা ব্রহ্মনা জগন্নাথ নংনা অচৎপা ব্রহ্মনি॥ ১৫৮॥ নংনা ভৌরবা সনাগী মচুনি মানা শংবানবা কুচুনি। ব্রহ্ম অনিনা অয়াম্বা জগৎপু লান্‌বিরি ॥ ১৪৯॥ প্রভুনা হায়—অচুম্বনি হাযবিবদো নংনা লাক্লবদা ব্রহ্ম অনিনা শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদা ফোংতোক্লরে ॥১৬০॥ ব্রহ্মানন্দ কৌবা নংনা গৌডব্রহ্মনি অচৎ-পনি। সংবানবা ব্রহ্ম জগন্নাথনা চত্তবনি ফম-হুনা দৈবনি॥ ১৬১॥ ভারতীনা হায়—সার্ব্বভৌম ময়াইদা লৈবা ওইহুনা। পুক্লিং চংনা মহাকক্কা লোয়নহন্না ঐদা অচুম্বা খংউ ॥১৬২॥ ব্যাপ্য—ব্যাপক ওইরিবসিনা জীব ব্রহ্মনি খংলি। জীবনা ব্যাপ্যনি, ব্রহ্মনা ব্যাপকনি লাইরিক্তা হায়রি ॥১৬৩॥ সউল হোংদোহন্দুনা ঐবু শেংতোকপিবনু তৌরি। মসিতনা ব্যাপক ( রায়েনবনি ) ব্যাপ্য (ইঙ্গবনি) অনিগী মরমনি। অহুনা (হোংদোকহল্ল-লিবা ব্যাপক নবুংঙো চৈতন্যনা ব্রহ্মনি, হোংদোক-ইবা ঐনা ব্যাপ্য জীবনি) ॥১৬৪॥

৫, শ্লোকো আঃ ৩।৮ শুবদা যেংউ।

অসিগুম্বা হায়রিবা মিংশিংগী মশক্তো চৈতন্যগী মশাদা ফাওনা ওইরি। চন্দম্না লৈতেংব শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ ডোবনা চৈতন্যগী পাম্বাম অনিদা তাল্ল ওইরিবসিনি॥১৬৫॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়— ভারতীনা যেংবদা জয় ওইরে। প্রভুনা হায়, অতুমনা হায়রিবা মতুমকনা অচুম্বা ওইরে॥ ১৬৬॥ গুরুগা শিষ্যগা অচুম্বা খনবদা লেপনা শিষ্যবু মাইথিহলগনি। ভাবতীনা হায়—মত্ত নত্তে, অতোপ্পা মরমনা ওই-বনি॥ ১৬৭॥ ভক্তগী মফমদগী নংনা মাইথিবনি মসিনা নংগী মহৌশানি। অতোপপা, নংগী নতিক নগুণ অমা হায়গে নংমা তাও ॥ ১৫৮॥ পোকপা জ্ঞান তাবদগী নিরাকার ব্রহ্মবু নিংলক-লবা ঐনা। নংবু যেংবদা ঐগী মাংদা নংনা শ্রীকৃষ্ণবু ওইরে॥১৬৯॥ শ্রীকৃষ্ণ-নামনা ঐগী চিন্তা

পুকনিংদা মিত্তা শ্রীকৃষ্ণতা কাওরে। ঐনা মবু ঐগী "অমোইবা থৌবাংবা মশক ওইবদুমক ওইনা উরে॥ ১৭০॥ অদুমনা শ্রীবিল্বমঙ্গলগা মাগী দশা মীওইদা হায়খিবদো। উরিবা অসিদা অদুগুম্বা মীওইদো ঐগী ওইরবে ।১৭১॥

অনুবাদ।—শ্রী বিল্বমঙ্গলনা—জীবগা ঈশ্বরগা অমত্তনি নিংবশিংনা থৌগনবা মহুগী মুংঙাইবা আনন্দা কম্বা কংলবা ঐথোয়বু অমস্তুং কনাগুম্বা গোপগী মৌশিংদা পামজবা অমনা পাঙ্গল থেকনা মনাইস্তুপী ওইহনবিথরে। ইতি ॥৬॥

প্রভুনা হায়—শ্রীকৃষ্ণনা অচেৎপা মুংশিবদো নংগী ওইয়ে। মহুদা মিংনা তাবা মহুদা শ্রীকৃষ্ণনা কাওবনি ॥১৭২॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, অনিমক্কা হায়রিবদো অচুম্বনি। অহানবদা শ্রীকৃষ্ণনা পীনবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণবু সংসংনা উজবনি ॥১৭৩॥ মুংশিবা লম্ভনা করিগুম্বদা মীয়ুগী শ্রীকৃষ্ণনা খুৎফংনবা ওইদে॥ শ্রীকৃষ্ণ মহাকী থৌজাল্লা কৃষ্ণগী মশক নবু উজবনি।১৭৪। প্রভুনা হায় " বিষ্ণু বিষ্ণু " সার্বভৌম হায়রিবদো করিনো। হায়দুনা থেংনোকনা থাগৎপদি মহুবু অকাইবগী মশকনি হায়রি॥১৭৫। অসি হায়দুনা ভারতীবু পুরুষুল্লা মাগী মন্দিরদা লাকলে।" ভারতীগোসাঞিবু প্রভুগী মনাক্তা লৈকম পীদুনা লৈহল্লে॥ ১৭৬॥ সার্বভৌমাচার্য্য অমদি ভগবানাচার্য্য অনি লাক্লে। অতোপ্পা থবক থাদোকদুনা প্রভুগী নাক্তা ২না লৈরে॥১৭৭॥ অদুগী মতুংদা 'সুমিত্ৰা' কাশীশ্বর গোসাঞি লাক্লবদা। ইকাই খুম্না প্রভুনা প্রভুগী লৈকমদা থম্বীথরে॥ ১৭৮ ॥ প্রভুবু মানা পুদুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শনবু তৌবদা। মাংদা মীয়ামনা চিন্নবা পুম্নমকপু মানা থাম্মী ॥১৭৯॥ অদুমনা অয়াম্বা তুরেল 'অচৌবা', পিশকনা সমুদ্রদা তীল্লবা। অদুমনা মহাপ্রভুগী ভক্তশিংনা মফম মফম থুদিংদা লৈবদগী ॥১৮০॥ পুম্নমকনা লাকতুনা প্রভুগী শ্রীচরনদা তীঞ্জরয়ে। পুম্নমকপু প্রভুনা থৌজানবিদুনা মাগী লৈকমগী মনাক্তা লৈহল্লি ॥১৮১॥ প্রভুগী বৈষ্ণবশিংগা তিন্নদুনা শাম্নবু হায়রবসিনি। মসিবু মীয়ুনা তারবদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী চরণবু ফংই ॥১৮২॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরন্দা ঐনা খুরুম্মদুনা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যগী অরেপপা লমচৎপু কৃষ্ণদাসনা হায়রি ॥১৮৩॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা বৈষ্ণবশিংনা তিন্নববু হায়বা তরাহুবা পরিচ্ছেদনি।

# একাদশ পরিচ্ছেদ

অত্যুদ্দণ্ডং তাণ্ডবং গৌরচন্দ্রঃ কুর্ব্বন্ ভক্তৈঃ শ্রীজগন্নাথগেহে।
নানাভাবালঙ্কৃতাঙ্গঃ স্বধাম্না চক্রে বিশ্বং প্রেমবন্যানিমগ্নম্॥১।

তথাহি—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ৮ অং ২৭ শ্লোকঃ।

নিষ্কিঞ্চনস্য ভগবদ্ভজনোন্মুখস্য পারং পরং জিগমিষোর্ভবসাগরস্য।
সন্দর্শনং বিষয়িণামথ যোষিতাঞ্চ হা হন্ত হন্ত! বিষভক্ষণতোঽপ্যসাধু॥২॥

অন্বয়ঃ।—নানাভাবালঙ্কৃতাঙ্গঃ—শ্রীকৃষ্ণ মুংশিবা অয়াম্বা রাথলশিংনা হকচাংদা লৈতেংহ্নুনা, গৌরচন্দ্রঃ—শ্রীগৌরচন্দ্রনা, শ্রীজগন্নাথগেহে—শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা, অত্যুদ্দণ্ডং—পাম্বোমতিংথত্তুনা হকচাং লৈরহ্নুনা শাবা, য়ামনা থোইদোকপা, তাণ্ডবং—জগোইবু, কুর্ব্বন্—শাবদু তৌহ্নুনা, স্বধাম্না—মাগী মতিকনা, বিশ্বং—তাইবং অসিবু, প্রেমবন্যা নিমগ্নং—মু শিবগী ঈচেন্দা পুক্সিং লুপ্পবু, চক্রে—তৌথি। ইতি॥১॥

অন্বয়ঃ—ভবসাগরস্য—তাইবংপান সমুদ্রগী, পরং পারং—থোইদোকনা রাংমদা, জিগমিষো—লালগে নিংলবা, নিষ্কিঞ্চনস্য—তোংজবা থাদোক্লবা, ভগবদ্ভজনোন্মুখস্য—শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিনা মাই ওইশিল্লবশিংনা, বিষয়িণাং—সংসার বিষয় নিংথৌনচিংবশিংগী, অথ—অমদি, যোষিতাঞ্চ—মুপীশিংবুসু, সন্দর্শনং—উন্নবসি, হা হন্ত হন্ত—অন্নাবনি অন্নাবনি, অপি—অমসুং বিষভক্ষণতঃ—হু চাবদগী, অসাধু—হেন্না তোল্লি ফত্তে। ইতি॥২॥

অনুবাদঃ।—শ্রীকৃষ্ণ মুংশিবা অয়াম্বা রাথলশিংনা হকচাংদা লৈতেংহ্নুনা, শ্রীগৌরচন্দ্রনা শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা পাম্বোম তিংথত্তুনা, হকচাং লৈহ্নুনা য়ামনা থোইদোকনা শাবা জগোইবু উহল্লবগী মতিকনা তাইবংপান অসিবু শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিবগী ঈচেন্দা লুপহলবদু তৌথি। ইতি॥১॥ শ্রীচৈতন্যবু হন্না হন্না খুরুমজে, শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে, গৌরভক্তগী মপৈবু খুরুমজে॥১॥ মতংগী মুমিত্তা প্রভুগী মকমদা সার্ব্বভৌমনা হায়। কিদবদু পিবিয়ু, মতম [illegible] হজংচপে॥২॥ প্রভুনা হায়, নংনা [illegible], [illegible] [illegible]। মতিক চাবগা তৌগনি, মতিক চাদ্রগা তৌরবোষ্ট॥৩॥ সার্ব্বভৌমনা হায়, অসিগুম্বা প্রতাপরুদ্র নিংথৌনা। য়াম্না পাম্শিন্না নংগা তিন্নজগে নিংজবসিদা থৌজানবীন্নু॥৪॥ নাকোংদা খুংনা মেন্দুনা প্রভুনা 'নারায়ণবু' নিংশিংলকই। অতুগা সার্ব্বভৌমদা হায়—মতিক চাদবা য়াবু হায়রে॥৫॥ ঐদি সংসারবু থাদোক্লবা বিরক্তনি সন্ন্যাসনি নিংথৌগা উন্নবা। মুপীগা উন্নবদি হু চাবগা মাপ্নগদবদগী হেন্না তোল্লি॥৬॥

অনুবাদঃ।—তাইবংপানবা সমুদ্রগী থোইদোক্লা রাংমদা লাল্লগে নিংলবা, তোংজবা থাদোক্লবা, শ্রীকৃষ্ণদা ভক্তিনা মাই ওন্নসিল্লবশিংনা সংসারগী বিষয়দা লৈবা নিংথৌনচিংবশিংগী অমসুং মুপীশিং

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কং ১৯ অং ২১ শ্লোকঃ

আদরঃ পরিচর্য্যায়াং সর্ব্বাঙ্গৈরভিবন্দনম্। মদ্ভক্তপূজাভ্যধিকা সর্ব্বভূতেষু মন্মতিঃ ॥৫॥
মদর্থেষ্বঙ্গচেষ্টা চ বচসা মদ্গুণেরণম্ ॥৬॥

তত্রৈব উত্তর খণ্ডে ধৃত পদ্মপুরাণে ৫ শ্লোকঃ।

আরাধনানাং সর্ব্বেষাং বিষ্ণোরারাধনং পরম্। তস্মাৎ পরতরং দেবি! তদীয়ানাং সমর্চ্চনম্ ॥৭॥

তত্রৈব ৩ স্কং ৭ অধ্যায়ে ২০ শ্লোকঃ।

দুরাপা হ্যল্পতপসঃ সেবা বৈকুণ্ঠবর্ত্মসু। যত্রোপগীয়তে নিত্যং দেবদেবো জনার্দ্দনঃ ॥৮॥

---

অন্বয়ঃ।—পরিচর্য্যায়াং—সেবাদা, আদরঃ—লুনা তৌবা, সর্ব্বাঙ্গৈঃ—হকচাং পুম্নমকনা, অভিবন্দনম্—খুরুম্বা, অভ্যধিকা— মত্থদগী হেন্না, মদ্ভক্তপূজা— ঐগী ইনাইগী পূজা তৌবা, সর্ব্বভূতেষু— হকচাং পানবা পুম্নমক্ত, মতিঃ— ঐনা ওইবা শক্তিনি খংবা, মদর্থেষু— ঐগীদমক্তা, অঙ্গচেষ্টা— হকচাংনা তৌরকপা পুম্নমকনা ওইবা, বচসা চ— রাহৈনস্থ, মৎগুণেরণম্— ঐগী গুণ্না লৈতেং ওইবা, ইতি—হায়রিবসি ওইরবদি ঐগী ইনাইনি। ইতি ॥৫।৬॥

অন্বয়ঃ।—সর্ব্বেষাং— অয়াম্বা, আরাধনানাং— নিংবশিংগী মরক্তগী, বিষ্ণোঃ— শ্রীকৃষ্ণগী, আরাধনং—নিংবনা, পরং—অথোইবনি, দেবী—হে দেবী, তস্মাৎ—মত্থদগী, তদীয়নাং—শ্রীকৃষ্ণগী তদীয় অমস্তুং মনাই ভক্তশিংবু, সমর্চ্চনং—ইবাংপা সেবানা, পরতরং— থোইদোকই। ইতি ॥৭॥

অন্বয়ঃ।—বৈকুণ্ঠবর্ত্মসু—শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা লম্বী মনাইশিংদা, সেবা— সেবা তৌবা হায়বসিদি, অল্পতপসঃ— লমচৎ সুদবশিংগী মফমদ, অপি— লেপন, দুরাপ— ফংঙমদবা ওই, যত্র— মত্থদা, দেবদেব —লাইশিংগী মবুংঙো ওইবা, জনার্দ্দনঃ—শ্রীকৃষ্ণবু, নিত্যং— অতৎপা লৈতনা, উপগীয়তে— শকৃকনবা ওই, মনাইনা শক শোল্লিবা ওই। ইতি ॥৮॥

---

পীবিগবা ॥২০॥ অত্থমনা মহাকৃকী নডোন্দা লৈবা প্রেমগী অরাবদো উরে। মাগী মরিক অমতংবু প্রেমদো ঐডোন্দা লৈতে ॥২১॥ প্রভুনা হায়, নংনা কৃষ্ণগী মনাইগী অথোইবনি। নডোন্দা অত্থমনা মুংশিরিবা, মাদো লাইবক ফরবনি ॥২২॥ নংবু অত্থপদু মুংশিবা ওইরিবা নিংথৌগী। অসিগুম্বা গুণতবা আবু শ্রীকৃষ্ণনা য়াথিরকৃকনি ॥২৩।

অনুবাদঃ। – শ্রীকৃষ্ণন—হে অর্জ্জুন। মথোয় শিংনা ঐগী ভক্তি তৌবা অমস্তুং মথোয়শিংনা ঐগী [illegible] মক্তে। মথোয়শিংনা ঐগী ইনাইগী [illegible] মথোয়শিংনা ঐগী অথোইবা ইনাই[illegible] ইতি ॥৪।

অনুবাদঃ।—শ্রীকৃষ্ণনা উদ্ধবতা— ঐগী সেবাদু লুনা তৌবা, হকচাং পুম্নমকনা খুরুম্বা, ঐগী পূজা অত্থদগী হেন্না ঐগী ইনাইগী সেবা তৌবা, হকচাং পানবা পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐগী ওইবা জীবগী মশক্তি খংবা মা ঐগী ইনাইনি। ইতি ॥৫॥

অনুবাদঃ – কৃষ্ণ ঐগীদমক্তা হকচাংনা তৌরকপ পুম্নমক্তা কৃষ্ণ ঐগী ওইবা, রাহৈনস্থ, রাথনস্থ ঐগী গুণব ভাং-শকপা অত্থনা লৈতেং ওইবা মদো ঐগী ইনাইনি। ইতি ।৬॥

অনুবাদঃ।— শ্রীশিবনা দুর্গাদা— হে দেবী, অয়াম্বা নিংবশিংগী মরক্তগী শ্রীকৃষ্ণগী নিংবনা অথোইবনি মত্থদগী শ্রীকৃষ্ণগী তদীয় অমস্তুং

তথাহি শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ৮ম অঃ ৩৪ শ্লোকঃ।

আদর্শনীয়ানপি নীচজাতীন্। সংবীক্ষতে হন্ত তথাপি নো মাম্।
মদেকবর্জ্জং কৃপয়িষ্যতীতি। নির্ণীয় কিং সোঽবতার দেবঃ ॥৯॥

অন্বয়ঃ।—সঃ—মানা, আদর্শনীয়ান্—উনহৈত্রবা, নীচজাতীন্—অতোনবা কাংলুপশিংবু, অপি—অমসুং, সংবীক্ষতে—য়েংবী লানবী, হন্ত—অরাবনি, তথাপি—ওইহ্নমকপু, মাং—ঐবু, নো—লান-বিদনা, মদেকবর্জ্জং—ইতোমতবু হন্দোক্লগা, কৃপয়িষ্যতি—থৌজানবিগনি, ইতি—অসুমনা নির্ণয়—লেপনা থন্দুনা, কিং—করিনো, সঃ—অহ্গুম্বা, দেবঃ শান্নহৈবা শ্রীগৌরচন্দ্রনা, অবতার—থোকখ্রবা? ইতি ॥৯॥

মনাই ভক্তশিংবু হৈরাংপ। সেবা তৌবনা থোই-দোকই। ইতি ॥৭।

অনুবাদঃ।—শ্রীমৈত্রয়না বিদুরদা—মহুদা লাই-শিংগী মবুংভো ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু অতৎপা লৈতনা শকুকদবা ওই, শক শোল্লিবা শ্রীকৃষ্ণবু ফংনবা লম্বী মনাইশিংদা সেবা তৌবা হায়বসিদি, লমচৎ সুদর্শিংগী মক্ষমদা লেপনা ফংডমদবা ওই। ইতি ॥৮॥

প্রভুনা হায়,— রায় শ্রীজগন্নাথবু য়েংলক্লববা। রায়না হায়. হৌজিক চত্তুনা দর্শন ফংজগনি ॥২৬ প্রভুনা হায়, রায়। নংনা করিনো তৌরিবা থবক্তো। ঈশ্বর য়েংদনা হান্না মসিদা কবিগী ল্যাক্রিবা? ২৭ ॥ রায়না হায়, থোংনা দোলাইনি থমোইনা সায়খিনি। মহুদা পুহুনা চৎপা, মহুদা রথী ওইহ্নুনা জীবনা চংলি। ২৮॥ জীববথী ঐনা করি তৌগনি পুক্লিংনা মসিদা পুহুনা লাকপনি। শ্রীজগন্নাথগী দরশন্দা রাথল তৌরুদরে ॥ ২৯ ॥ প্রভুনা হায়, চংলো থুনা দর্শন তৌরুরো। অসুম্না নয়ুমদা চংতুনা য়োকই থাকইবাশিংগা তিন্নরুরো ॥৩০॥ প্রভুগী য়াথং ফংহুনা রামানন্দনা শ্রীজ-গন্নাথ য়েংলমলগা মযুমদা চংখ্রে। রায়গী প্রেম-ভক্তিগী মচৎপু কনাগুম্বা মীনা থংগবা থংলোই [illegible] লাকলগা নিংথৌনা সার্ববভৌমবু কৌহল্লুরে। সার্ববভৌমদা খুরুমহুনা মডোন্দা হং-লকলে। ৩২॥ ঐগীদমক্তা প্রভুগী চরন্দা য়া হঙ্গং-পদা করম তৌরবা। সার্ববভৌমনা হায়, অয়াম্বা যত্ন তৌনা হঙ্গংপদা ॥ ৩৩ ॥ ওইদনমকপু মানা নিংথৌগা উম্নবা তৌরোই হায়রে। অমুক হন্না হায়রবা মতমদা ক্ষেত্র থাদোকৃকনি হায়থরে ॥৩৪। তাবদা নিংথৌগী পুকনিংদা অরাবা পোকখরে। রাখ্রহুনা খজিক্তংবু হায়বা হৌরকই ॥ ৩৫ ॥ পাপী অতোনবা লানবিনবগীদমক্তা মানা পোক-পনি। মানা জগাই মাধাইবু লানবিবদো তাজরে ॥৩৬॥ প্রতাপরুদ্রতবু থাদোক্লগা জগৎপু লানবিবা তৌগে। পোকলকপসিদা থংলে অসিগুম্বা রাশক তৌখ্রবরা ॥৩৭।

অনুবাদঃ।— শ্রীচৈতন্য মানা উন্নহৈত্রবা অমসুং অতোনবা কাংলুপশিংবু য়েংবী লানবি, অরাবনি, ওইহ্নমকপু ঐবু লানবিদনা ইতোমতবু হন্দোক্লম্লগা লোইনা অতৈবু থৌজানবিগনি অসুম্না লেপ্না থন্দুনা, করিনো অহ্গুম্বা শান্নহৈবা শ্রীগৌরচন্দ্রনা পোকখ্রবরা? ইতি ॥ ৯ ॥

প্রতাপরুদ্র নিংথৌগা উম্নবা তৌররোই মসিনা মাগী রাশক ওইরবা। শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য, [illegible] থরাই থাবা মসিনা ঐগী রাশকনি ॥ ৩৮ ॥ [illegible] অহুদা অহুগুম্বা মহাপ্রভুগী থৌজাল [illegible]

ম্রতমদা। করিনো নিংথৌ করিনো হৌকচাং পুম্ন-মক অরেব্বনি॥ ৩৯॥ অসি ওঁাবদা ভট্টাচার্য্যনা ম্রাথলবু তৌরকরগা। নিংথৌগী মুংশিবা হেজনবা উবদা অণ্ডকপা ওইখ্রে ॥৪০॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, হে দেব! ম্রাবা তৌরকমু। নংগী নথক্তা প্রভুগী থৌজানবিবা শোয়দনা ওইরককনি ॥৪১॥ মহাক্তো মুংশিবগী মথা পোনবনি, নংগী মুংশিবদো ম্রামনা চেংথরে। শোয়দনা লেপনা নংগী নথক্তা থৌজান-বিরকূকনি ॥ ৪২ ॥ অত্নমকপু তৌগদবা থৌবাং ঃবু শ্রী হায়গে। উপায় অসি তৌরো— মত্নদগী প্রভুবু উজগনি ॥৪৩॥ রথ যাত্রা মুমিত্তা প্রভুনা ভক্তশিং লোয়নত্নুনা। প্রেমদা চংবত্নুনা কাংগী মাংদা জগোই শাগনি ॥ ৪৪ ॥ প্রেমদা চংত্নুনা লৈগী বন্দা চংত্নুনা ম্রাম্বরবদা। মতম অত্নদা নত্তোমতা নিংথৌগী ফিদো হোংদোক্তুনা ॥৪৫॥ শ্রী-কৃষ্ণগী রাস অধ্যায় মডা থিরদুনা। নত্তোমতা চংত্নুনা মহাপ্রভুগী চরণ কোম্দুনা পুজো ॥ ৪৬ ॥ মপানগী ম্রাথল লাকত্রিডৈ মতমদা কৃষ্ণগী নাম তা-বদা। বৈষ্ণবনি থংত্নুনা নভোন্দা কোনবিরকনি ॥৪৭॥ ম্রামানন্দনা। ভসি নংগী প্রেমগী গুণবু। প্রভুগী মাংদা হায়, প্রভুগী পুক্নিংনা লৈশিনবিরক্লে ॥৪৮ ভাবদা গজপতিনা পুকনিংদা মুংভাইবা পোকই। প্রভুদা ভীম্নজগে অস্নুম্না চেংনা লেপথরে ॥ ৪৯ ॥ স্নান যাত্রা কৈদৌউভনো ভট্টাচার্য্যদা হংই। ভট্টনা হায়, ভুমিং ছুমনি ওবদা স্নান যাত্রানি ॥ ৫০ ॥ অদুমনা বিদায় তৌমরগা লৈনখ্রে, স্নান যাত্রাবু য়েংবদা প্রভুনা ম্রামনা মুংভাইরে। শ্রীজগন্নাথগী শ্রীঅঙ্গডানি অজরাগদা উত্রবদা ম্রামনা ম্রাবা ফংই ॥৫১॥ প্রভুনা গোপীগী পুকচেলগুনা কাইনবগী অরাবদা অণ্ডকপা ওইরে। প্রভুনা ময়ামবু থা-জোকত্নুনা আল্লালনাথদা চৎত্নুনা দর্শন তৌত্নুনা লৈবাদা ॥৫২॥ মতুং অত্নুবা অদ্বৈতনচিংবা ভক্ত-

শিংবা গৌড়দেশদগী চরণদা লাকলে। ভৌরদেশদগী ভক্তশিং লাকলে হৌদংত্নুনা ॥ ৫৩ ॥ প্রভুবু নীলা-চলদা সার্ব্বভৌমনা পুত্নুনা লাকলগা মন্দিরদা লৈখ্রে। সব্ব ভৌমনা চত্নুনা নিংথৌদা প্রভু লেংলকলে হায়রে ॥ ৫৪ ॥ মতম অত্নদা মত্নদা গোপীনাথাচার্য্যনা লাক্তুনা। নিংথৌদা আশীর্ব্বাদ তৌরগা হায়, তারিত্রা ভট্টাচার্য্য ? ॥৫৫॥ গৌড়-দেশদগী বৈষ্ণব চনি লাকলে। মহাপ্রভুগী ভক্ত পুম্নমকসি অ:থাইবা মতিক চাওবনি ॥৫৬॥ পুম্নমক্না লাকপনা নরেন্দ্র কৌবা পুখ্রিবু মাংওইরকলে। ভক্তশিংগী লৈকম অমস্নুং প্রসাদ কংনবা মতোল-লোম্না তৌসি ॥৫৭॥ নিংথৌনা হায়, পডিছা-পাত্রদা মরোল সিন্নগে। লৈফমনচিংবদো অত্নুম্না নিংলিবা পুম্নমক্তো পডিছাবু পিহনগে ॥ ৫৮ ॥ অয়াম্বা গৌডদেশদগী লাকলিবা মহাপ্রভূগী ভক্তশিংবু ভট্টাচার্য্যনা, অমমম ওইনা ঐভোন্দা তাক্তুনা উ হল্লো ॥৫৯॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, ফুরাগী মভোন্দা ভোংথংলো। গোপীনাথনা থংনবা পুম্নমকপু উহল্লসনু তাকসনু ॥ ৬০ ॥ ঐনা কনাবুসু থংদে পুকনিংনা থংগে নিংই। গোপীনাথাচার্য্যনা পুম্ন-মকপু মশক থংহল্লসনু ॥ ৬১ ॥ অসি হায়ত্নুনা অত্নুমকনা ফুরাগী মভোন্দা ভোংথংত্নুনা লৈরে। মতম অত্নুদা বৈষ্ণবশিংনা লাকতুনা নকসিল্লকলে ॥৬২॥ দামোদর স্বরূপনে গোবিন্দনে মথোয় ২না। লৈপরেং প্রসাদবু পুত্নুনা লাকলে বৈষ্ণবশিংনো লৈবা মফমদা ॥ ৬৩ ॥ অহানবদা মহাপ্রভুনা মথোয় অনিবু থারকপনি। নিংথৌনা হায়, মসি কনানো ঐভোন্দা থংহল্লু ॥৬৪। ভট্টাচার্য্যনা হায়, অসি স্বরূপ দামোদরনি। মানা মহাপ্রভুগী ২-ভুবা হৌকচাংনি ॥৬৫॥ অনিশুবসিনা মনাক গো-বিন্দনি মথোয় মসিদা পীত্নুনা। লৈপরেং নির্মাল্যবু থাজিনক্লিবনি প্রভুনা ইকাই খুম্না ॥৬৬

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ৫ অঃ ২৯ শ্লোকঃ।

কৃষ্ণবর্ণং ত্বিষা কৃষ্ণং সাঙ্গোপাঙ্গাস্ত্রপার্ষদম্। যজ্ঞৈঃ সঙ্কীর্ত্তন প্রায়ৈর্যজন্তি হি সুমেধসঃ ॥১০॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ | ১৪ | ২৮

তথাপি তে দেব পদাম্বুজদ্বয় প্রসাদলেশানুগৃহীত এব হি।
জানাতি তত্ত্বং ভগবন্মহিম্নো ন চান্য একোঽপি চিরং বিচিন্বন্॥১১॥

অহানবদা অদ্বৈতদা স্বরূপনা লৈপরেং হুকলে। মতুংদা গোবিন্দনা অনিশুবা লৈপরেং মডোন্দা পীরে ॥৬৭॥ মতম অতুদা অদ্বৈতদা গোবিন্দনা দণ্ডবৎ তৌজরে। মাবু থ'দতুনা অদ্বৈতনা স্বরূপুা হুংলকই।৬৮॥ দামোদরনা হায়, মহাক্কী মমিং গোবিন্দ কৌই। শ্রীঈশ্বরপুরীগী শিষ্যনি য়ামনা গুণ লৈরবনি ॥ ৬৯ ॥ প্রভুগী সেবা তৌক্নরো মডোন্দা হায়তুনা পুরীনা য়াথং পীবা। মরম অতুদগী প্রভুনা মাবু নাক্তা থম্বিরে ॥৭০॥ নিংথৌনা হায় মখোয় অনিনা লৈপরেং মডোন্দা হুকপা। অভকপা মডান চাওবা অচৌবা মতিক লৈবসি কনানে ॥৭১॥ গোপীনাথনা হায়—মহাককী মমিং অদ্বৈত আচার্য্য কৌই। মহাপ্রভুগী ইকাইখুম্ন-ফমনি পুম্নমককী কোক্কী লৈতেংনি ॥৭২॥ শ্রীবাস পণ্ডিতনি মসিনা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনি। বিদ্যানিধি-আচার্য্যনি, মসিনা গদাধর পণ্ডিতনি ॥৭৩॥ আ-চার্য্যরত্ননি মসিনা আচার্য্য পুরন্দরনি। গঙ্গাদাস পণ্ডিতনি মসিনা শঙ্কর পণ্ডিতনি ॥ ৭৪ ॥ মসি মুরারি পণ্ডিতনি, মসি নারায়ণ পণ্ডিতনি। হরিদাস ঠাকুরনি, মসিনা জগৎ শে বিবনি ॥ ৭৫ ॥ মসিনা হরিভট্টনি, মসিনা নৃসিংহানন্দনি। মসিনা বাসু-দেবনি, মসিনা শিবানন্দনি ॥৭৬॥ গোবিন্দমাধব অমদি বাসুদেব ঘোষনি। মচিন মনাও অহমগী [illegible] প্রভুগী অপেনবনি ॥ ৭৭ ॥ রাঘব পণ্ডিত মসিনা আচার্য্যানন্দনি। শ্রীমান্ পণ্ডিতনি, মসিনা শ্রীকান্ত[illegible]নি ॥৭৮॥ মসিনা [illegible]নি, মসিনা শ্রীধরনি, বিজয়নি। মসিনা বল্লভসেননি, পুরুষো-ত্তমনি, সঞ্জয়নি ॥৭৯॥ কুলীনগ্রামদা লৈবনি মসি সত্যরাজখাননি। বসু রামানন্দনচিংবসি য়েংঙু মাংওইনরকইবা ॥৯০॥ মুকুন্দদাস নরহরি শ্রীরঘু-নন্দন কৌবা। খণ্ডদা লৈবা চিরনজীব অমদি— সুলোচন কৌই ॥৮১॥ অসিগুম্বা অয়াম্বা ভক্ত-শিংবু কয়ামরুম হায়রসিবা। অয়াম্বা শ্রীচৈতন্য-গী মনাইশিংনা চৈতন্যনা থরাই ওইহনা হিংই বনি ॥ ৮২ ॥ নিংথৌনা হায়—উবদা ঐগী অভকপা ওইথরে। অসিগুম্বা বৈষ্ণবকী মডানসি অতোপ্পা অমদা উদে ॥৮৩॥ লুমিং কোটিগী মডানগা মান্নবা ময়ামগী কুচুনা ভাল্লি। অসিগুম্বা শকপদা থুম্বসি করিগুম্বদা তাত্রি ॥৮৪॥ অসিগুম্বা প্রেম, অসিগুম্বা জগোই, অসিগুম্বা হরিধ্বনি। কদাইদম্বু অসিগুম্বা উত্রি কদাইদম্বু তাত্রি ॥ ৮৫ ॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, লংগী রাহৈদো নিংথিনা অরেপপনি। শ্রীচৈতন্যগী অসিগুম্বা সঙ্কীর্ত্তনবু প্রেমগা লোয়ননা শোলহন-বনি ॥৮৬॥ শ্রীচৈতন্যনা পোক্লগা সঙ্কীর্ত্তন ধর্ম্মবু সম্ভোকলিবনি। কলিকালসিগী কৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তনা ধর্ম্মনি (হরিনামবু থরাই য়াওনা মুংশিনা শোলবযুনি) ॥৮৭॥ শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তনা পেন্নবা ওইহনা চৈতন্যবু কৃষ্ণবু নিংলেরি। নিংশিবশিংবু য়াথঙ চুম্বনি অতোপপদি কলিগী থৎনবনা মাংলবা মীনি ॥৮৮

১০ শ্লোকী আঃ ৩।১০ শ্লুবদা য়েংউ।

নিংথৌনা হায়—শ্রীভাগবতা শ্রীচৈতন্যবু শ্রীকৃষ্ণনি হায়রি। অদু ওইরবা কলিগী পরিচয়শিংদা—

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৪র্থ স্কঃ ২৯ অঃ ৪৬ শ্লোকঃ।

**যদা যস্যানুগৃহ্নাতি ভগবানাত্মভাবিতঃ। স জহাতি মতিং লোকে বেদে চ পরিনিষ্ঠিতাম্ ॥১২॥**

**অন্বয়ঃ** ।—আত্মভাবিতঃ—প্রেম ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী দমক্তা নিংজরবা, যদা—মতম অহূদা, ভগবান্—শ্রীকৃষ্ণনা, অনুগৃহ্ণাপি - থৌজানবিরবা, তদা—মতম অহূদা, সঃ—মী অহূনা, লোকে— মীগী লমচত্তা বেদেচ—বেদগী লমচত্তম্, পরিনির্ষ্ঠিতাং— থোইদোকনা চেংশিনবা, মতিং— পুক্লিংবু, জহাতি— থাদোকই। ইতি ॥১২॥

মডোন্দা নিংত্রিবনো ? ৮৯ ॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়—মাগী থৌজানগী মরিকনা মডোন্দা ফংলবা। মহূনা অসিগুম্বা চৈতন্যবু শ্রীকৃষ্ণনি হায়না লৌবা——ভম্মী ॥৯০॥ শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা মডোন্দা লৈত্রবদা পণ্ডিত ওইহূনস্সু থংদে। উববদা তারবদা চৈতন্যবু শ্রীকৃষ্ণনি য়ানিংদে, থংদে ॥৯১॥

৯১, শ্লোক্কী মঃ ৬।২ ওবদা য়েংউ।

নিংথৌনা হায়, পুম্নমক শ্রীজগন্নাথ যেংদনা ভক্তশিংনা। শ্রীচৈতন্যগী লৈফমগী মমাংকা চত্তুনা চেনশিনখ্রে ॥৯২॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, মসি মুংশিনবগী হৌনবা মচংনি। শ্রীমহাপ্রভু তীম্নবদা ভক্তশিংগী পুক্লিংনা নিংজরকপনি ॥ ৯৩ ॥ অহানবদা মাগা তিন্নবগা মতুংদা মানা, পুম্নমক পুন্থনা মাগা লোয়ননা লাক্কুনা শ্রীজগন্নাথবু য়েংলগনি ॥৯৪॥ নিংথৌনা হায়, ভবানন্দগী মচা বাণীনাথনা। মী মঙা তরেং লোয়নহূনা মহাপ্রসাদী পুহূনা ॥৯৫ মহাপ্রভুগী লৈফমলোমদা চংশিনখ্রে। অমুক ওইবা মহাপ্রসাদীবু অমদি থংনিংই মরম করিগীনো ? ৯৬॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, ভক্তশিংনা লাক্লগনি থংহূনা। প্রভুগী অপাম্বা উংপদগী মকমসিদা প্রসাদ পুশিল্লিবনি। ৯৭॥ নিংথৌনা হায়, তীর্থগী বারোলদি য়ৌবদা চরা হেলবা শম্ কোকপা খুজিন করুপা অসিনি। মতু তৌদনা ভক্তশিংনা করিগী চাক চাবা-থকপা তৌগদোরিবা ॥৯৮॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়, [illegible] মহূনা [illegible] মচংনি। তৌরিবা অসিনা রাগমার্গ ( কৃষ্ণবু য়াম্না নুংশিবগী লম্বী ) নি, মসিগী অকুপ্পা থংবদা য়ামনা রাবা, য়ামনা থুপপা মচং অমনি ॥ ৯৯ ॥ তীর্থদা শম্ কোকনি চরা হেলগনি হায়বসিদি শ্রীকৃষ্ণগী পরোক্ষ ( খুংফংনবা নত্তবা) য়াথংনি। মহাপ্রসাদীবু চাগদবনি সংসংনা খুংফংনন। শ্রীচৈতন্যনা হায়রি ॥১০০ মতুদা চবা হেল্লবা, মহাপ্রসাদীবু চাদরবা মতুদা ; শ্রীমহাপ্রভুগী য়াথং অমস্তুং মহাপ্রসাদীবু থাদোকপগী মহাপবাধনি ॥১০১॥ থোইদোকপা অমনা প্রভুগী শ্রীহস্তনা ( খুৎময়া ) প্রসাদীবু য়েনবীগনি। অমুক ওইবসিবু কংলগা, থাদোক্তুনা অতোপপা করিবু যোক্কদোবা য়োকলোই ॥ ১০২॥ অহানবদা প্রভুনা প্রসাদা চাক পুবক্কুনা ঐডোন্দা পীনরে। নোংভানবদা করিমত্তা তৌত্রিভৈদা আসন্দা ফমহূনা প্রসাদীবু ঐনা চাখি ॥১০৩॥ শ্রীচৈতন্যগী কৃপানা ঐগী থমোইদা ইনশিল্লক্কুনা, কৃষ্ণ শেংলে শ্রীচরণ উজরে মুংশিবহূনা অয়া-য়াদ পুম্নমক শ্রীচৈতন্য উবদা কোকথরে। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী দমক্তা প্রেম ভক্তিনা লৈরবদি অহূম্বা বেদ অমস্তুং মীগী লমচং থাদোক্ককনি ॥ ১০৪ ॥

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীনারদনা প্রাচীনবর্হি নিংথৌদা মী অহূদা প্রেমভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণগী দমক্তা নিংজরবা, মতম অহূদা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবিরবা, মতম অহূদা মী অহূনা মীগী লমচং অমসুং বেদকী মপানগী লমচংপু থাদোকই ॥ ১১॥

মতমদুদা মুরারী মতোন্দগী মথাদা খুম্নবনা নিংখৌনা। কাশীমিশ্রগী লৈয়ং শাগ্র অমিনু কৌ-শিল্লতুনা ॥ ১০৫ ॥ প্রতাপরুদ্রনা মথোয় অনিদা য়াথংবু অর্থমনা পিরে। প্রভুগী মকমদা লাক্লিবা অমাংবা ভক্তশিংবু ॥১০৬॥ পুম্নমক্তা নীংতমনা লৈহন্নু নীংতম্না প্রসাদী কংহন্নু। অতুমনা অপনবা লৈত্তনা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌহন্নু ॥১০৭॥ প্রভুগী য়াথংবু অনিমক্তা মতোন লোন্না পুরো। য়াথং নত্তুনা অপাম্বা উৎপবু থংনা নখোয়না তৌরো ॥১০৮॥ অসিগুম্বা অনিমক্তা অসি হায়দুনা বিদায় পিথরে। সার্ব্বভৌমনা লাকতুনা বৈষ্ণবশিংগা ভিন্নবদা য়েংলরে ॥ ১০৯ ॥ গোপীনাথাচার্য্যানে ভট্টাচার্য্য সার্ব্বভৌমনে। প্রভুগা বৈষ্ণবশিংগা ভিন্নববু অরাপ্পদা য়েংতুনা লৈ ॥১১০॥ সিংহদ্বারবু থেত্তা থাদোক্লমলগা অয়াম্বা ভক্তশিংনা। কাশী-মিশ্রগী ময়ুমগী লম্বীদা চংশিন্নরক্লে ॥১১১॥ অসি-গুম্বা মতমদা মহাপ্রভুনা মাগী ভক্তশিংনা থৌ-গল্লুনা। বৈষ্ণবশিংগা ভিন্নগদবদা য়ামনা হরাওনা লাকপদা লম্বীদা ॥ ১১২ ॥ শ্রীঅদ্বৈতনা প্রভুগী শ্রীচরণদা খুরুমথরে। শ্রীঅদ্বৈতদা প্রভুনা প্রেম্না চেংনা কোল্লকলে ॥১১৩॥ মুংশিনবগী মুংডাইবনা অনিমক্তা থোইদোক্না ভগুবা ওইথরে। মতম লোংতুনা প্রভুনা খজিক্তং তপথরে ॥১১৪॥ শ্রীবাস-নচিংবনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা খুরুমজররে। মীপুমত্তিংনা প্রভুনা মুংশিনা কোনবিরকলে ॥১১৫॥ অমমম ভক্ত পুম্নমকতা প্রভুনা পুকহং পাওহংনৈ। ভক্ত-সভাবু পুত্তুনা প্রভুনা লৈফমদা লেংশিল্লক্লে ॥১১৬॥ কাশীমিশ্রগী লৈফম অসিনা অপিকপা ওইরমলি। মহুদা লৈগদৌবা বৈষ্ণবশিংগী চাংতম্বদা ওইদ্রে য়াইদে ॥ ১১৭ ॥ ইবুংঙোগী মনাক্তা ভক্ত পুম্নমকপু অমম্বগা। শ্রীচৈতন্যগী থৃৎমক্তা লৈপরেং চপ্পা পীরিবরে ॥ ১১৮॥

সার্ব্বভৌমদে গোপীনাথদে, প্রভুগী মকমদা লাক-তুনা। মতিকচাদা পুম্নমক্কা লোয়ননা তিন্নরে ॥১১৯॥ অদ্বৈতদা নোম্লুকপা য়াহৈনা প্রভুনা হা-রকই। লাক্তুনা নহাককী শক উরবদা গুসি ঐনা নিংবা থুংবা ওইরে ॥ ১২০ ॥ শ্রীঅদ্বৈতনা হায়—মসিনা ঈশ্বরগী হৌনবা পুকচেল্লি। তৌই-গুম্বমুং তৌবা গুম্বা মীপুক হুবনা থল্লবা মশকন্নি ॥১২১॥ অতুম্না ওইতুনমকপু মনাইগা লোয়নরগা মাগী মুংডাইবা থোকপা ওই। ভক্তশিংগা লোয়-নরগা মথল মথা য়ামনা ততুনা শান্নরি ॥১২২॥ বাসুদেব উবদা প্রভুনা মুংডাইবা ওইতুনা। মাগী মশাদা থুৎনা নান্দুনা মডোন্দা খজিক্তংবু হং-লকই ॥১২৩॥ তৌইগুম্বমুং মুকুন্দনা অঙাং ওইরি-ডৈদগী তিন্নরকপনি। ঐগা মাগা তিন্নবা অতুদগী নংবু উবদা থোইদোকনা মুংডাইবে ॥১২৪॥ বাসু-দেবনা হায়—মুকুন্দনা অহানবদা নংগী থৌগল ফংজরে। নংগী শ্রীচরণ ফংবা মসিনা অমুক হন্না পোকলবনি ॥১২৫॥ ইনাও ওইবা মুকুন্দনা হৌ-জিক্তি ঐগী ইয়াম্বা ওইরে। নংগী থৌজালগী মফম ওইরে, মডোন্দা অয়াম্বা গুম্না থোইদোকলে ॥১২৬ অমুক হন্না প্রভুনা হায় ঐনা নখোয়গীদমক্তা। দামোদরগী লাইরিক অনিথক পুরকপনি। ১২৭॥ স্বরূপকী মকমদা লৈবনি সিন্দুনা লৌনৌ। বাসু-দেবনা লাইরিক ফংবদা মুংডাইথরে ॥১২৮॥ বৈষ্ণব পুম্নমকনা মীপুম ভিংনা লাইরিক সিন্দুনা লৌনরে। মথং মথং লৌনবদগী লাইরিক অনিসি জগৎ সিনবা থুংখ্রবনি ॥ ১২৯ ॥ শ্রীবামনচিংবদা য়াম্না মুংশিনা প্রভুনা হায়। নখোয় নচিন মনাও মরিগী মমল লৌতুনা ঐ অসি য়োলথোকলবনি ॥ ১৩০ ॥ শ্রীবাসনা হায়—করিগীদমক্তা ওম্না হায়রিবনো। নংগী থৌজালগী মমলদা ইচিজাও মরিমকপু য়োল্ল-বনি ॥ ১৩১ ॥ শঙ্করবু য়েংতুনা দামোদরদা প্রভুনা

তথাহি—শ্রীচৈতন্যচন্দ্রোদয়নাটকে ৮ অং ৮০ শ্লোকঃ।

নিমজ্জতোঽনন্ত ! ভবার্ণবান্তশ্চিরায় মে কূলমিবাসি লব্ধঃ।
ত্বয়াপি লব্ধং ভগবন্নিদানীমনুত্তমং পাত্রমিদং দয়ায়াঃ॥১৩॥

অন্বয়ঃ।—অনন্ত—হে লোমদবা, চিরায়—মতম কুইনা, ভবার্ণবস্তঃ—সংসারগী সমুদ্রদা, নিমজ্জতঃ—লুপলবা, মে—ঐগী, কুলংইব—মপানগুম্বা, লব্ধঃ—নংবু ফংবা, অসি—ওইরে, ভগবন্—হে ভগবন্, ত্বয়াঃ—নংনা, অপি—অমসুং, ইদানীং—হৌজিক, দয়ায়া—থৌজানগী, অনুত্তমং—অথোইবা, ইদং—অসিগুম্বা, পাত্রং—থৌজানফমগী মশকপু, লব্ধং—ফংলে। ইতি ॥১৩॥

হায়। নংগী নথক্তা ইকাই খুম্নবগা লোযননা ঐগী মুংশিবা ওই ॥১৩২॥ ঐগী অসেংবা অরেপপা মুংশিবনা শঙ্করগী মথক্তা ওই মরম অতুনা ঐগা লোয়ননা শঙ্করবু থমলো ॥ ১৩৩ ॥ দামোদরনা হায়— শঙ্করনা ঐগী ইনাওনি। নংগী থৌজানদগী হৌজিক্তি ঐগী ইয়াম্বা ওইরে ॥১৩৪॥ শিবানন্দদা প্রভুনা হায় ঐডোন্দা নংগী। চেংলবা মুংশিলগা ওই হায়দগী ঐনা খওই॥১৩৫॥ তাবদা শিবানন্দসেনা প্রেমদা চংবা ওইতুনা। দণ্ডবৎ ওইনা তারগা চরন্দা কোন্দুনা শ্লোক থীরকলে ॥১৩৬॥

অনুবাদঃ—শ্রীশিবানন্দনা—হে শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হে লোমদবা। মতম কুইনা সংসার সমুদ্রদা লুপলবা ঐগী লানফম মপান ওইবা নংবু ফংবা ওইরে, অমসুং হে ভগবন নংনা হৌজিক থৌজানগী মফমগী মশক ঐবু ফংলে। ইতি ॥১৩।

অহানবদা মুরারিগুপ্তনা প্রভুদা তিন্নরদে। মপান্দা দণ্ডবৎ ওইনা তাত্নুনা লৈ ॥ ১৩৭ ॥ মুরারি উত্রবদা প্রভুনা থিবিরকলে। অমাম্বা মীশিংনা মুরারিবু লৌগদবগী চেন্নকুনা কৌররে ॥১৩৮॥ মুরারিনা নাপী চরোং অনিথক যাদা চিক্কুনা। চংলকলে মহাপ্রভুগী মাংদা অতোনবা নোম্লুকপা ওইতুনা ॥১৩৯॥ মুরারি উবদা প্রভুনা তিন্নগদবদা হৌগৎলকলে। তুংওই তুংওইনা হায়রোকলগা মুরারিনা হায়জরকই ॥ ১৪০ ॥ ঐবু শোকহু ঐদি পাপচেনবা অতোনবনি॥ নংগী শোকপদা মতিক চাদে পাপ চেনবা হকচাংনি ।১৪১। প্রভুনা হায় হে মুরারি ! তৌরো, নোম্লুকপা হজিনববু। নংগী নোললুকপা উবদা ঐগী পুকনিং কাইবা ওইরে ॥১৪২॥ অসি হায়দুনা প্রভুনা মাবু কোনবিরে। নাক্তা ফমহল্লগা মশাদা সিং-নানবিরক্লে॥ ১৪৩। আচার্য্যবত্ন বিদ্যানিধি গদাধরপণ্ডিত। হরিভট্ট গঙ্গাদাস, আচার্য্য পুরন্দর ॥ ১৪৪॥ মীপুমখিংনা প্রভুনা পুম্নমবকী মগুণ শকললকই। হন্না হন্না কোনবিরগা ইকাই খুম্নরকলে। ১৪৫॥ ভক্ত-পুম্নমক্তা ইকাই খুম্নবগা প্রভুগী মুংশাইবা ওইরি। হরিদাস উত্রবদা প্রভুনা হরিনাস কদাইদা হায় ॥১৪৬॥ মানা অচৌবা লম্বীগী রাংমদা দণ্ডবৎ ওইনা তাত্নুনা লৈজে ॥১৪৭॥ তিন্নফমদা লাকতুনা মহাপ্রভুগা তিন্নরদে। অচৌবা লম্বীগী রাংমদা লাপ্না তাত্নুনা লৈরি ।১৪৮॥ হরিদাসবু লৌগে হায়দুনা চেন্দুনা লাক্লগা। হরিদাস নংবু প্রভুনা তিন্নগে নিংলি থুনা চৎলো ॥ ১৪৯॥ হরিদাসনা হায়—অতোনবা কাংলুপনি ঐদি উৎকুম্বনি। মন্দিরগী মনাক্তা চৎকদবদা ঐগী য়ায়েন্না লৈতে ॥১৫০॥ অচিকপা বনগী মমুংদা মফম অমতং ফংবা মতমদা মত্নদা তাত্নুনা লৈরগা ইতোমতা মতম লেজগে ॥১৫১॥ জগন্নাথগী সেবক্তা ঐগা— শোক্নদনা॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৩ স্কঃ ৩৩ অঃ ৭ শ্লোকঃ।

অহোবত ! শ্বপচোঽতো গরীয়ান্ যজ্জিহ্বাগ্রে বর্ত্ততে নামতুভ্যম্।
তেপুস্তপস্তে জুহুবুঃ সস্নুরার্য্যা ব্রহ্মানূচুর্নাম গৃণন্তি যে তে ॥১৪॥

অন্বয়ঃ।—অহোবত—ওস্তোকপনি যৎ— মাগী, জিহ্বাগ্রে— লৈতোন্দা, তুভ্যং— নংগী, নাম—মিংনা, বর্ত্ততে—লৈবা, অতঃ— নাম মতুদগী, শ্বপচঃ — চণ্ডাল ওইবসু, গরীয়ান্ — থোকদোকই, যে—মখোয়না, তে—নংগী, নাম —নামবু, গৃণন্তি—শোনবা, তে — মখোয়না, তপঃতেপুঃ — তপ তৌরে, জুহুবুঃ —যজ্ঞগী হোম পিরে, সস্নুঃ — তীর্থ স্নান তৌরে, ব্রহ্মা—বেদবু, অনূচুঃ— তম্বা ওইরি। ইতি॥১৪॥

মতুদা তাহুনা লৈজবা মসিনা ঐগী অপাম্বনি।১৫২ অসিগুম্বা য়াবু মীশিংনা চংহুনা প্রভুদা হায়রম্নে। তাবদা মহাপ্রভুনা পুক্লিংদা য়াম্না মুংঙাইবর্ ফংলে।।১৫৩।। মতমতুদা কাশীমিশ্র পরিছা পাত্র ২মক্না লাক্কুনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা খুকমল্লরে॥ ১৫৪ ॥ অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংবু উবদা যামনা মুংঙাইরে। মতিক ওকনা পুম্নমকক্কা লোয়ননা তিন্নবে।১৫॥ প্রভুগী চরণদা অনিমকনা য়া হঙ্গংলকই। যাথং পীবিযু বৈষ্ণবশিংগী মতোন লোমনা।১৫৬॥ পুম্নমকক্কী লৈননবা যুমবু নিংথিনা লৈননবা তৌজগে। মহাপ্রসাদীসু পুম্নমকক্কী ফংননবা মতোন লোম্না তৌজরগে থৌরাং॥ ১৫৭॥ প্রভুনা হায়—গোপীনাথ। 'চংলো পুম্নমকপু পুহুনা। মতু মতুদা হায়হুনা মতুদা চংতুনা লৈফম পীক॥১৫৮॥ মহাপ্রসাদী চাক বাণীনাথগী মফমদা পীরকউ। অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংগী য়ানা মতোন লোমনা তৌরমহু।১৫৯। ঐগী ইনাক্তা লৈগী বন অসিদা। য়ুম অমথক্তং লৈবা য়ামনা অচিকপা ওইবা—॥১৬০॥ য়ুম অসি ঐঙোন্দা পীনবো কাম্নগদবা লৈরে। অচিকপদা কমতুনা মসিদা নির্বশিংববু তৌগে॥ ১৬১ ॥ মিশ্রনা হায়, পুম্নমক নংগীনি, করিগী নিংগিবা। ইবুংঙোগী অপাম্বনু লো অতু [illegible] নিংইবা মফমদো॥১৬২॥ নংগী য়াথং ইনজবা ননাইদো ঐখোয় অনিনা ওইরি। মতুবু নিংবা মতুবু তৌও, খৌজংলবিতুনা য়াথং পীবিযু॥১৬৩॥ অসি হায়তুনা মখোয় অনিনা বিদায় তৌরবদা গোপীনাথ, বাণীনাথ অনিমকক্কা লোয়নহল্লকলে ॥১৬৪॥ গোপীনাথদা কাশীমিশ্রনা অয়াম্বা লৈ-ফম য়ুমশিংবু উহল্লরে। পড়িছানা বাণীনাথদা প্রসাদ য়ামনা পীনরকলে॥ ১৬৫ ॥ বাণীনাথনা প্রসাদী চাক অথুম অহাও পুতুনা লাকলে। গোপীনাথনা লাকতুনা লৈননবগী য়ুমবু সেংতোকথরে ॥১৬৬॥ মহাপ্রভুনা হায় তাও অয়াম্বা ভক্তশিংনা। নংগী নংগী লৈফমদা পুম্নমকনা চংলো।।১৬৭॥ সমুদ্রদা স্নান তৌরুবো শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী মতোন য়েংলগা। অতুদগী মফমসিদা লাকউ ঙসি প্রসাদীবু ফংমিন্নসি। ১৬৮ ॥ প্রভুবু খুরুমলগা পুমনমকনা লৈফমদা চংথরে। গোপীনাথনা ময়ামুদা লৈফমবু পীরে॥ ১৬৯ ॥ মতমতুদা প্রভুনা লাকতুনা হরিদাসগা তিমরৈ। হরিদাসনা ঙংশিনা নামসঙ্কীর্ত্তনবু তৌরি॥ ১৭০ ॥ প্রভুবু উবদা মাংদা দণ্ডবৎ ওইনা তাজরে। প্রভুনা কোন্দুনা মাবু হৌগৎহল্লে॥১৭১॥ মপু মনাই ২মক্না প্রেমদা চংতুনা কপলকলে। প্রভুগী [illegible] মনাইনা য়াবা প্রভুনা মনাইগী [illegible] [illegible]॥১৭২ হরিদাসনা হায়—প্রভু! ঐঙোন্দা শোকপিবরু।

ঐদি অতোনবনি শোক্লহৈদবনি থোইদোকপা পাপচেনবনি ॥ ১৭৩॥ প্রভুনা হায় ঐ সেংজগে হায়দুনা নংবু শোকপনি। নংগী সেংননবা মচত্তো ঐভোন্দা লৈজদে। ১৭৪॥ মিকুপ মিকুপকী নংনা ইকুজরি। মিকুপ মিকুপকী যজ্ঞ, তপ দানবু— নংনা তৌরি ।।১৭৫॥ অতৎপা লৈতনা নংনা বেদ মরিবু তম্বা ওইরি। সন্ন্যাসদগী, ব্রাহ্মণদগী, হেন্না থোইদোকনা নংনা অশেংবা ওইরি। হরি নামবু মুংশিনা নো'মগী লক্ষ অহুম অহুম শুনা শোললি নামদুনা ইহেলমক্ত হেল্লি। শ্রীভাগবত্তা নাম্না অথোইবনি নামদগী অহেনবা মান্নবা লৈতে মসিবু লেপনা হায়রি ।।১৭৬।।

অনুবাদঃ—শ্রীদেবহুতিনা কপিলদা ওস্লোকপনি মাগী লৈতোন্দা নংগী নামনা লৈরবা—[ শোল্লবা ] নাম অহুদগী চণ্ডাল ওইববসু থোই দোকই। মথোযনা নংগী নামবু শোনবা মথোযনা তপ তৌবে, যজ্ঞগী হোম পীবে, তীর্থবু স্নান তৌরে বেদবু তমলে। ইতি ॥১৪॥

অসি হায়দুনা মাবু পুদুনা লৈগী বন্দা লেৎশিল্লক্লে। য়ামনা চিকপা যুম অহুদা লৈফম ওইযু পীবিবে ॥১৭৭॥ মফম অসিদা লৈরো নাম সঙ্কীর্ত্তনবু (হরিনামদা থর'ই যাওনা মুংশিনা শোনবা শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা পেনহনববু) তৌরে। মুমিৎ খুদিংগী লাক্কুনা ঐনা তিন্নরববু তৌগনি ।।১৭৮।। শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরগী মতোন চক্রবু য়েংদুনা খুরুম্মো, মফম অসিদা নংগী প্রসাদী চাকপু পুদুনা লাককনি ।।১৭৯।। শ্রীনিত্যানন্দ, জগদানন্দ, দামোদর, মুকুন্দ। মরিমক্তা প্রভুনা হরিদাসবু তিন্নরবদা মুংডাইবা ফংলে ।।১৮০।। সমুদ্রদা ইরুজগদা প্রভুনা মাগী লৈফম মন্দিরদা লাকলে। অদ্বৈতাচার্য্যনা সমুদ্রদা ইরুজগবগী চৎথরে। ॥১৮১॥ ইরুজবদগী হল্লক্লা জগন্নাথগী চূড়া দর্শন তৌরে। প্রভুগী লৈফমদা প্রসাদী কয়া—দবগী লাকলে ॥ ১৮২॥ পুম্নমকপু প্রভুনা মথং মনাও মতিক চানা ফমহল্লে। শ্রীগৌরহরিগী খুৎ মকনা য়েনবীরকলে, লোইনা থুংনা ॥১৮৩।। প্রভুগী খুৎনা হাপ্পদা অজিত্তা পাইদে য়ামনা হাপই। মী অনি অহুমগী চাবা ওকুবদো চালুক অমমমদা পীরম্বে ।।১৮৪।। প্রভুনা চাদরবদা কনানা চাবদু তৌদরে। খুৎ থাঙ্ংতুনা ভক্তশিংনা ফমদুনা লৈরে ।।১৮৫॥ স্বরূপ গোসাঞিনা প্রভুদা য়া হঙ্ংলকই। নংনা ফমজরবদি কনা অমত্তা প্রসাদী ফংজদ্রে ॥১৮৬॥ নংগী লোয়নরিবা সন্ন্যাসশিং লৈখিবা অয়াম্বা মীশিং। নংগা লোয়ননা গোপীনাথনা মথোয়বু ওসি নিমন্ত্রণবু তৌই ॥১৮৭॥ গোপীনাথ আচার্য্যনা লাকদুনা লৈরে প্রসাদী চাক পুরক্লুনা পরমানন্দপুরী ভারতীনা নংবু ভাইদুনা লৈরে ॥১৮৮।। নিত্যানন্দ পুদুনা প্রসাদী ফংনবরীনমক্তা নংনা ফম্মো। বৈষ্ণবশিংদা ঐনা য়েনববু তৌজরগে ।।১৮৯॥ মতম অহুদা প্রভুনা প্রসাদী চাকপু গোবিন্দগী মথুক্তা পীদুনা। চেকশিন্না তৌদুনা হরিদাস ঠাকুরদা থাথবে ॥ ১৯০ ॥ অয়াম্বা সন্ন্যাসশিং লোয়নদুনা চৈতন্যনা ফমলরে। গোপীনাথ আচার্য্যনা হবাওনা য়েনববু তৌরকল্লে ॥১৯১॥ স্বরূপগোসাঞি, দামোদর, জগদানন্দনে, মথোয় অহুমনা বৈষ্ণবশিংদা য়েল্লক্লে ॥ ১৯২ ॥ অয়াম্বা অথুম অহাও শন্দেস থৌরি যৌনা থল্লা চারে। মরক মরক্তা থোঞ্জেল য়াংনা "হরিবু" শোল্লকই। ১৯৩॥ প্রসাদী কংবা লোইদুনা আচমনবু তৌরে। প্রভুনা পুম্নমক্তা লৈ পরেং চন্দনবু লৈতেংবীরে ॥ ১৯৪ ॥ ভক্তশিংনা পোথানবগী দমকত্তা মাগী মাগী লৈফমদা চৎথরে। মুমিৎ তাক্না অমুক হন্না লাকদুনা প্রভুগা তিন্নরে ॥ ১৯৫ ॥ মতম অহুদা রামানন্দনা প্রভুগী লৈফমদা লাক্লে।

মাবু প্রভুনা প্রয়াম্বা ভক্তশিংগা লোয়ননা তিন্নখে ॥১৯৬॥ প্রভুনা পুমম্নমক পুন্থনা জগন্নাথগী মন্দিরদা চত্তুনা। মত্থুদা চৈতন্য মহাশয়না— সঙ্কীর্ত্তনবু হৌরকলে ॥১৯৭॥ সন্ধ্যাগী ধুপপু য়েংলগা হৌখিবা সঙ্কীর্ত্তণনি। পড়িছানা ,পুরক্কুনা ভক্তশিংদা লৈপরেং চন্দন পীরয়ে।১৯৮॥ মায়কৈ মরিদা পালা মরিনি সঙ্কীর্ত্তন তৌরিবা। ময়াইদা শচীগী মচা শ্রীগৌরাঙ্গনা জগোই শাই। ১৯৯॥ পুংখৈবা নিপান, করতাল পায়বা কুলমরিনি। হরিধ্বনি তৌই বৈষ্ণবশিংনা 'ভাল ভাল' হায়রকই ॥২০০॥ অত্থুগুম্বা কৃষ্ণ শোল্লকপগী থোইদোকনা মুংশিবা থোঞ্জম্না নিল্লি। নিল্লিবত্থনা ব্রহ্মাণ্ড মবোন ভুমামরি থিন্‌গাইরে ॥২০১॥ ক্ষেত্রদা লৈবা অয়াম্বা মীশিংনা য়েংগদবগী লাক্লবে। কীর্ত্তনবু যে'ংবদা ক্ষেত্রদা লৈবা মীশি'না ভকথবে ॥ ২০২ ॥ মতম অত্থুদা প্রভুনা জগন্নাথগী মন্দিরগী অকোযবদা লৈবত্থনা য়েংলোইননা জগোই শানা শানা কোইরি ॥২০৩॥ প্রভুগী মাংদা, তু দা পালা মবিনা ঈশৈ শকই, প্রভুনা প্রেমাবেশদা হাইরক্লবদা শ্রীনিত্যানন্দনা মতম অত্থুদা ফাজিল্লি ॥২০৪॥ পিভাবা, তুজুংবা, নিকপা, হুমাং শোবা, ভংবা পুম্নমকসি ওইরে। প্রেমগী শকফমসি উবদা মীয়াম্না ভকথবে ॥ ২০৫ ॥ পিচকারীগী মবী তাবকপগুম্না মিস্রা পি শিস্থনৈ। মায়কৈ মরিগী অয়াম্বা মীশিংদো পিতনা স্নান তৌরে ॥২০৬॥ মিংকুপ থরা মহাপ্রভুনা কোয়ত্থনা জগোই শাই। মন্দিরগী মজুংদা লৈত্থনা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরী ॥ ২০৭ । মাযকৈ মাংগী পালা মরিনা অরাংবা স্বরনা শকই। ময়াইদা শ্রীগৌর রাযনা নিপা জগোইবু শারি ॥ ২০৮ ॥ মিংকুপ খাম্নমা জগোই শারগা প্রভুনা তপথরক্লে, অতম অত্থুদা প্রভু মহান্ত মরিদা জগোই শাননবা [illegible] ॥২০৯॥ অদ্বৈতনা পালা অমদা জগোই শারকলে। অতোপপা পালাদা শ্রীনিত্যানন্দনা জগোই শারে ॥২১০॥ পালা অমদা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা জগোই শাবে। পালা অমগী মমুংদনা শ্রীবাসনা জগোই শারে ॥২১১॥ ময়াইদা লৈত্থনা জগোই য়েংত্থনা মুংভাইরী। মত্থুদা তৌবা ভম্বা অম মানা ফোংতোক্লকই ॥ ২১২ ॥ মায়কৈ মরিদা অয়াম্বা মীশিংনা জগোই ঈশৈবু তৌরিবা। পুম্নমক্না য়েংবদা প্রভুনা ঐগী ইনাক্তা উনম্নি ॥২১৩॥ মহান্ত মরিগী জগোইবু য়েংগদবদা প্রভুগী অপাম্বা ওই। অপাম্বা অত্থনা প্রাভব প্রকাশ কৌবা তৌবা ভম্বদো ফোংতোকপনি ॥ ২১৪ ॥ য়েং'নংবদা চংলিবদো মাগী মশক্তো উরবতনা থংই। করম তৌনা মায়কৈ মবিদা চপ মান্ননা উরিবনো মসিবু থংদে ॥২১৫॥ অত্থুগুম্না পুলিন ভোজন্দা শ্রীকৃষ্ণনা ময়াইদা। মায়কৈ মবিদা লৈবা সখাশিংনা শ্রীকৃষ্ণনা ঐভোন্দত্তা য়েংই হায় ॥২১৬॥ জগোই শাবদা মীত্থনা নাক্তা নকশিল্লুবদা। মাবু মহাপ্রভুনা চেংনা কোনসিনবী ॥২১৭॥ অথোইবা জগোই, অথোইবা প্রেম, অথোইবা সঙ্কীর্ত্তননি। উবদা মুংশিবগী মুংভাইবদা নীলাচলগী মীয়ামনা তাণ্ডরে ॥২১৮। প্রতাপরুদ্রনা সঙ্কীর্ত্তনগী মতিকসি তাবদা। মাগী মীশিংগা লোয়নত্থনা ফুরাগী মতোন্দা তোংথত্তুনা য়েংই ॥ ২১৯ ॥ সঙ্কীর্ত্তনবু উবদা নিংথৌগী অভকপা ওইথবে। প্রভুদা তিন্নজগে পামশিল্লকপনা ভমথৈ নাইদনা চাওথরলে ॥ ২২০। সঙ্কীর্ত্তন লোইরবদা প্রভুনা পুষ্পাঞ্জলি য়েংলগা। অয়াম্বা বৈষ্ণবশিং পুত্থনা লৈকমদা চত্তুনা লাকলে ॥২২১॥ পড়িছানা প্রসাদী মালা পুরকত্থনা পীরবে। শ্রীচৈতন্য ঈশ্বরনা মত্থবু য়েনখোকত্থনা ফংহল্লে ॥২২২॥ পুম্নমক্তা ত্থম্নবগীদমক্তা প্রভুনা বিদায় পীথরে। মতৌ অম্নমদা শ্রীশচীগী মচানা শান্নববু তৌরি ॥২২৩॥ ক্ষেত্রদা লৈরিবমথৈ

পুন্নমক্না মহাপ্রভুগী থৌগন্দুনা। মুমিং খুদিংগী মতৌ অশুম্না মুংঙাইনা কীর্ত্তন তৌই॥ ২২৪॥ অসিগুম্বা প্রভুগী কীর্ত্তনবিলাস (শ্রীকৃষ্ণগী নামদা শান্নবনু) হায়জরে। মীহুনা মসিবু তাববদা মানা চৈতন্যাগী মনাই ওই ।।২২৫।। শ্রীরূপ রঘুনাথকী চরন্দা ঐনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যাগী অরেপপা লমচৎপু কৃষ্ণদাসনা হায়জে ।। ২২৬।।

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা বেঢা কীর্ত্তনবু শান্নবসে হায়বা তরামাথোইশুব পরিচ্ছেদনি ।

# দ্বাদশ পরিচ্ছেদ

শ্রীগুণ্ডিচামন্দিরমাত্মবৃন্দৈ সম্মার্জ্জয়ন্ ক্ষালয়ত স গৌরঃ।
স্বচিত্তবচ্ছীতলমুজ্জ্বলঞ্চ কৃষ্ণোপবেশোপয়িকং চকার ।।১।।

**অন্বয়ঃ**—সঃ—অদুগুম্বা, গৌরঃ—শ্রীগৌরাঙ্গনা, আত্মাবৃন্দৈঃ—মনাইশিংগা লোয়নদুনা, গুণ্ডিচা-মন্দিরং—গুণ্ডিচা মন্দিরবু, সম্মার্জ্জয়ন্ - নিংথিনা সিত্তোক্তুনা, ক্ষালযত—তৈথোক্তুনা, স্বচিত্তবৎ —শ্রীচৈতন্য মাগী থমোইগুম্না, শীতলং—ইংববু, উজ্জ্বলংচ —লুববুম্ব, কৃষ্ণোপবেশোপয়িকং— শ্রীকৃষ্ণনা লৈবা মতিক চাননবনু, চকার - তৌখি। ইতি ।।১।

**অনুবাদঃ**—অদুগুম্বা শ্রীগৌরঙ্গনা মনাইশিংগা লোয়নদুনা শ্রীগুণ্ডিচামন্দিরবু নিংথিনা সিত্তোক তুনা, রাই তৈথোক্তুনা, মাগী (চৈতন্যাগী) থমোই-গুম্না ইংববু অমসুং লুববুম্ব শ্রীকৃষ্ণনা লৈবদা মতিক চাননবনু তৌখি। ইতি ।।১।।

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মহাপ্রভুবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রী-নিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজৈ ফবব শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজৈ।।১।। হন্না হন্না খুরুমজৈ শ্রীবাসনচিংবা গৌরভক্তশিংনা। ভম্ববু পিনবীযু অদুম্না শ্রীচৈতন্যাগী লীলাবু শিংথাজরি ।২।। অহানবা দক্ষিন্দগী—প্রভুনা লেংলক্লবা মতম অদুদা। মডোন্দা তিন্নগ-ন্নবদা প্রতাপরুদ্রনা হেক্তিন্ন পান্না ওইবে ।। ৩ ।। সার্ব্বভৌমগী মফমদা কটকতগী নিংথৌনা চিঠি পিবকই। প্রভুগী য়াথং লৈববদি মতম অসিদা য়েংজনবগীদমক্তা চংকে ।। ৪ ।। ভট্টাচার্য্যনা প্রভুগী য়াথং ওইদ্রি হায়না ইদুনা পীখি। অমুক হন্না নিংথৌনা মডোন্দা চিঠি থারকই ।।৫।। প্রভুগী নাক্ত লৈবিবা অয়াম্বা ভক্তশিংনা। ঐগীদমক্তা মথোয় পুন্নমক্তা রাদো হাযজববু তৌবিযু।।৬।। চালহৈবা অদুগুম্বা অয়াম্বা ভক্তশিংনা থৌজানবীবকনি। ঐগীদমক্তা প্রভুগী চরন্দা নোল্লুকনা হঙংহনবিয়ু ।।৬।। মথোয়শিংগী থৌজান্দগী প্রভুগী শ্রীচরণবু তিন্নজগে। প্রভুনা ঐডোন্দা থৌজানবিত্রবদি লৈ-পাক পামজ্রে ।। ৮ ।। শ্রীগৌরহরিনা ঐডোন্দা—

খোজানবিদ্রবা মতম অতুদা। লৈপাক খাদোক্তুনা ভিক্ষা লিবা ওইতুনা থরাই খাগে ॥৯॥ ভট্টাচার্য্যনা চিঠি উবদা রাখল তৌতুনা। চিঠি অদু পুতুনা ভক্তশিংগী মনাক্ত চত্তুনা ॥১০॥ পুলহল্লগা ভক্ত-শিংদা ভট্টনা নিংথৌগী রারমদো হাযরে। মতুং অতুনা চিঠি শাদো পুম্নমক্তা উংল্লকপে ॥ ১১ ॥ চিঠি উবদা পুম্নমকক্কী পুক্লিংদা অভকপা ওইরে। প্রভুগী চরন্দা নিংথৌনা ভক্তিদি অস্মুক লৈজবে ॥১২॥ পুম্নমকনা হায— প্রভুনা মতোন্দা করি-গুম্বদা তিম্নবিরোই। ঐখোয় পুম্নমকনা হাযবা মতম অতুদা অত্তুগুম্বা অরাবতা থনগনি ॥ ১৩ ॥ সার্ব্বভৌমনা হায় পুম্নমক্তা, অমুক্তংদা চংপিধু। তিম্নগদবদা হায়বিম্নু নিংথৌগী ব্যবহাব লমচৎপু হায়বিয়ু ॥১৪॥ পুম্নমক্তা অসি হায়নে। মহাপ্রভুগী মক্কমদা চৎতুনা। পুম্নমকনা রাদি হাযদনা হায়-নিংবা ওইনা লৈররে ॥ ১৫ ॥ প্রভুনা হায়—করি হায়নিংতুনা পুম্নমক্তা লাক্লিবা? অতুম্না হাযনিংবদি উরে মরম করিনা হায়দ্রিবা? ১৬॥ নিত্যানন্দনা হায়—নডোন্দা হায়জগে নিংই। হাযদ্রে লৈবা ভমদ্রে, হায়গদবদা পুক্লিংদা কিবে ॥১৭॥ হঙ্গৎ-চবসিদা, মতিক চায়-চাদে পুম্নমক্তো হবু ডোনা য়েংবিয়ু। নংনা তিম্নবিদ্রবদা নিংথোনা যোগি ওই-গে নিংই ॥ ১৮ ॥ তৌইগুম্বসুং তাবনা প্রভুগী পুক্লিংনা মেংলে। ওইতুনমকপু চানহৈবা রাহৈনা মপান্দা হায়রকই ॥১৯॥ নখোয় পুম্নমক্কী নিংবদি অস্মুমনা ঐবু নখোয়না পুতুনা। হৌজিক কটক্তা চৎতুনা নিংথৌগা ঐগা তিম্নহন্নিংই ॥২০॥ তাংজবা মাংবঁবু লৈসন্নু মীশিংনা অকাযবা ডাংলক্তনি। মীশিংদো লৈসম্নু দামোদরনা চৈহংলক্তনিয়ে ॥২১ নখোয় পুম্নমক্কী য়াথংদগী ঐনা নিংথৌগা তিম্ন-ব্রোক্ত। মতমতুদা দামোদরনা হায়—মতম অতুদা মাবু য়িম্নবদা ॥ ২২ ॥ নংনা মনীং তম্বা ঈশ্বরনি, দামোদরনা হায় ইবুংঙো। তৌগদবা তৌরোইরবা পুম্নমক নংগী মাংদ। লৈবনি। ২৩ ॥ পিক্তলবা জীব ওইবা ঐনা নডোন্দা করি রায়েল পিগনি। ইবুংঙো নংগা মাগা তিম্নবদা অতুমনা ওইবা মচু য়েংজগে ॥ ২৪। নিংথৌনা নংগী মুংশিবনি নংনা মুংশিবগী মথা পোনবনি। মাগী মুংশিবনা নংগী শোকপনা মডোন্দা তৌগনি ॥ ২৫ ॥ তৌইগুম্বসুং নংনা অথোইবা মনিং তম্বা ঈশ্বর কৃষ্ণনি। ওই-তুমমকপু মহৌশানা প্রেমগী মথা পোনবা ওই ॥২৬॥ শ্রীনিত্যানন্দনা হায়, অতুমনা কনাগী মীনা হাযবগে? অতুগুম্বা নংগা নিংথৌগা তিম্নী হায়-রিবদো ॥ ২৭ ॥ তৌইগুম্বসুং থোইনা মুংশিসনবা মীশিংগী পুকচেল অমা লৈ। মুংশিজবদো ফং-দ্রগা অতুগুম্বা মাগী থরাইদো থাদোকই ॥ ২৮ ॥ মতুগা থংননবদো যাজ্ঞিক ব্রাহ্মণীশিংদা খুদম ওইরি। শ্রীকৃষ্ণগীদমক্তা মপুরোইবগী মমাংদা থরাই থাখি ॥২৯॥ অস্মমনা লেপচবৰু তৌরি, মতম অসিদা নংনা পুক্লিং চংবিয়ু। নংনসু মাগা তিম্ন-বিদ্রবা, মাগী থরাইদো লৈজননবা ॥৩০॥ মতম অসিদা খোজানবিয়ু খোল্লরবা বহির্ব্বাস অমতং পীবিয়ু। মতু ফংজবনা নংগী রাখল পুতুনা—মথরাই কন্দুনা লৈজনন্নু ॥ ৩১॥ প্রভুনা হায়—নখোয পুম্নমকনা খোইদোকনা অগংবনি। মতুনা অফবা ওইবা মতুবু মতোল্লোমনা তৌরো ॥ ৩২ ॥ মতমতুদা নিত্যানন্দগোসাঞিনা গোবিন্দগী মনাক্তা প্রভুগী নির্মাল্য বহির্ব্বাস অমতং নিন্তুনা লৌরগা ॥৩৩॥ বহির্ব্বাসদো সার্ব্বভৌমগী মকমদা পীবিরে। সার্ব্বভৌমন ফিদো নিংথৌদা থাবিখি ॥ ৩৪ ॥ ফিবু ফংতুনা নিংথৌগী পুক্লিংনা মুংঙাইবা ওইরে। প্রভুগী মশকমক্লি হায়না বহির্ব্বাসবু পূজাবু তৌ-জরে ॥৩৫॥ রামানন্দ রায়না মতমতুদা মক্লিকনী

লাকপা। প্রভুগী থৌগন্দা লৈরুপে নিংথৌদা রা মরোল হায়বা।। ৩৬ ॥ মতম অতুদা নিংথৌমা পেন্দুনা মঙোন্দা য়াথং পিরে। প্রভুদা মহাকনা তিন্নজনবগীদমক্তা রায়দা থৌরাংবা হৌরকই ॥৩৭ মহাপ্রভুনা মঙোন্দা য়ামনা থৌজানবিরেদো। ঐগীদমক্তা তিন্নবদা লেপনা মঙোন্দা থৌরাংবিয়ু ॥৩৮॥ মতম অতুদা অমত্ত ওইনা পুন্না মথোয় ২ লাকমিন্নথি। রামানন্দনা মতমতুদা প্রভুদা লাক্কুনা তিন্নজববে ॥৩৯। প্রভুগী চবন্দা নিংথৌগী প্রেমভক্তি লৈবদো থংহল্লক্রে। রাগী রাকোক ফংনা অম্নমনা হন্না তন্না হায়জরকই।। ৪০ ॥ নিংথৌগী মন্ত্রিনি, রামানন্দনা শমচত্তা চংথোল্লি। নিংথৌনা প্রভুদা মুংশিজবদো হায়তুনা প্রভুগী পুক্নিংবু পেংহল্লি ॥৪১॥ ফংনিংসিন্নকপনা প্রতাপরুদ্রনা লৈবদা— ডমদ্রে। রামানন্দদা প্রভুগা তিন্নবগীদমক্তা রাথংলকই ॥ ৪২ ॥ রামানন্দনা প্রভুগী চবণদা রারমদো হঙংপবু তৌবকই। অমুক্তংদা প্রতাপ রুদ্রদা শ্রীচবণবু উহলবীয়ু ॥৪৩। প্রভুনা হায়— রামানন্দ। রাথল তৌরগা হায়য়ু। সন্ন্যাসী ওই- রগা নিংথৌগা তিন্নবদা মতিক ওকপ্রা ? ৪৪ ॥ নিংথৌগা তিন্নরবদি ভীক্ষুক সন্ন্যাসীগী হিংবা শিবদা মাংডি। হিংবা - শিবগী লৈথিসন্নু মীনবু নোকনগদৌরি ॥ ৪৫ ॥ রামানন্দদা হায় নংদি ননীংতন্না ঈশ্বরনি। কনাবু নংনা কিবা নংনা মীথাপোনবা নত্তে ।। ৪৬ ।। প্রভুনা হায় ঐদি মীনি, সন্ন্যাসীগী মচংনি। হকচাং - পুরিং - রাহে অসিনা লমচত্তা কিজরিবনি ॥ ৪৭ ॥ সন্ন্যাসীগী অকাইবদি খজিক্তদা, মীপুম পুম্নমকনা শরুদৌবি। তৌরবা কিদা অমুবা বিন্দুনা তৌব, অহুগুন্না লোংপা রাবোই ॥ ৪৮ ॥ রায়না হায়, পাপচেলবা কয়াবু লাকমিন্নবু তৌরিবনি। শ্রীজগন্নাথগী মনাইনি গজপতিসি নংগী ননাইনি ॥৪৯॥ প্রভুনা হায়— থল্লবা অহুগুন্না শঙোমগী চকুদা। য়ুদো বিন্দু অমতং তায়বদা কনানা শোক্নদরে ॥৫০॥ তৌই— গুম্বস্থং প্রতাপরুদ্রনা অয়াম্বা গুন্না তিন্নহুনম্নু। নিংথৌ হায়বা মমিংসিনা মঙোন্দা অমোংপা ওইরে ॥৫১॥ ওইহুনমকপু মতনসিদা নংগী অইন কনবা ওইরে। মতমসিদা মাগী মচাবু পুরক্কুনা ঐগা তিন্নহল্লো ॥৫২॥ মচাদি মশামক্তি লাইরিকনা রাহৈসি হায়রি। মচাগা তিন্নবা অহুম্মক মশামক তিন্নবনি ॥৫৩॥ মতমতুদা রায়না চংতুনা নিংথৌদা পুন্নমক্তো হাযরে। প্রভুগী য়াথংদগী নিংথৌগী মচাবু পুহুনা লাক্লবদা ।। ৫৪ ।।। থুরুমজরে, ফজে নিংথৌগী মচাদো কুচুনা শংবান্নেয়ে। পাথং মচাগী মীওইনি মমিং শাংদানৈ তকুপ তরেংই ॥ ৫৫ ॥ ফিগে ফিনা শেংলি ইল্লি মশাদা সন, লুপা, হীরা মণি-মুক্তা লৈতেংই। শ্রীকৃষ্ণবু মুংশিনা নিং- শিংনবগী মহাকনা ভাষোকফম ওইরে ।। ৫৬ ।। মঙোন্দা য়েংবদা মহাপ্রভুগী শ্রীকৃষ্ণ নিংশিংবা ওইরে। মাগা তিন্নবদা প্রেমদা চংতুনা প্রভুনা হায়বা হৌরকই ॥৫৭॥ মসিনা অথোইবা বৈষ্ণবনি মাগী শক উবদা। শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু মী পুন্নমক্তা নিশিংবা ওইরে ।। ৫৮ ।। ঐনা মহৈ য়ানবা ওইরে মহাকপু উবদা কৃষ্ণবু নিংশিংলে। অসি হায়তুনা অমুক হন্না মাবু প্রভুনা কোনবিরে ॥৫৯॥ প্রভুনা শোকপদা নিংথৌগী মচাদো প্রেমদা চংবা ওইখ্রে। হমাং শোবা, নিকপা পিতাবা, য়ুম্বীগুন্না অরাম্বসি থোইদোকলে ॥৬০॥ "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোল্লি, "জগোই শাই, কম্পবু তৌরকলে। মাগী লাইবক ফবদো উবদা ভক্তশিংনা থাগংলি ॥৬১ মতমতুদা মহাপ্রভুনা মাবু তপথববু হৌহললে : 'মুমিং খুদিংগী লাকউ ঐগা তিন্নসি' অসুমনা

য়াথং পীখিবিরে ॥৬২॥ বিদায় লৌরগা, খুরুমলগা নিংথৌ মচাবু রাম্লনা পুতুনা লাক্লবদা। মচাগী মাঁওইদো উবদুনা নিংথৌনা মুংঙাইবা ফংলে ॥৬৩। মচাবু কোল্লদুনা প্রেমদা চংবা ওইখরে। সংসংনা মহাপ্রভুগী শোকপা ফংবা অতুগুমলে। ৬৪। মসিদগী নিংথৌ মচানা লাইবক ফথরে। প্রভুগী ভক্তশিংগী মরক্তা মী অমা ওইরে ॥৬৫॥ মতৌ অসুম্ন ভক্তশিংনা থৌগল্লগা, মহাপ্রভুনা। সঙ্কীর্ত্তনগী হয়াওবদা অতংপা লৈতনা শাম্লরি। ৬৬। অদ্বৈতমচিংবা ভক্তশিংনা নিমন্ত্রণবু তৌরি। ভক্তশিংনা পুদুনা মহ মহুদা ভিক্ষাবু তৌই ॥ ৬৭ ॥ মতৌ অসুমনা কয়া মুংঙাইনা মুমিং থরা লেললে। শ্রীজগন্নাথগী কাংগী মুমিংনা লাক্লবদা ॥ ৬৮ ॥ অহানবদা কাশীমিশ্রবু কৌশিল্লগা। পড়িছা-পাত্র সার্ব্বভৌমস্মু কৌদুনা পুহল্লকলে ।৬৯ ॥ মথোয় অহুম্নকী মনাক্তা প্রভুনা নোক্তুনা হায়রকই। গুণ্ডিচা মন্দিরগী সিংপা তৈবা সেবাসে নিদুনা লৌজরবনি ॥৭০॥ পড়িছানা হায়, ঐখোয পুম্নমকনা নংগী ননাইনি। অহুম্না নংনা তৌনিংবা অহু ঐখোয়না তৌজগদবনি ॥ ৭১ ॥ নিংথৌগী থোইদোকপা য়াথংস্মু ঐখোযদা লৈ। অহুমনা প্রভুগী তৌনিংবা মহ থুনমক তৌগদবনি ॥ ৭২ ॥ মন্দিরবু সিংপা তৈবা সেবাসে নংগী মাতক ওক্তে, মসিবু নংগী পুক্লিংনা লীলা অমা ওইনা শাম্লনিংলে ॥৭৩॥ পরিছানা হায় তৌইগুম্বমুং, চফু, গুমচিং য়াম্লরনি নিংজে। য়াথং পীরো ওসি পুম্নমক্তো মসিদা পুরক্তুনা পীজরগে ॥ ৭৪ ॥ মতমহুদা চফু চামা, গুমচিং চামা থৌরাংদুনা। অহনবমক্তা পড়িছানা পুরক্তুনা প্রভুগী মাংদা পীরবে ॥ ৭৫ ॥ মতুংগী মুমিংকী নোংঙানবদা ভক্তশিংবু প্রভুনা পুরকলগা। শ্রীহস্তমক্তা পুম্নমককী মশাদা — চন্দনবু তৈবীরে ॥ ৭৬ ॥ প্রভুগী নিংথিবা খুংনা

মযামদা গুমচিং অমমম পীখিরে। অয়াম্বা অনাইশিংনা থৌগল্লুম্না প্রভু মহাকনা লেংল্লকলে ॥৭৭ গুণ্ডিচা মন্দিরদা সিত্তোক্লবনীদমক্তা লাকলবদা। অহানবা গুমচিং লৌদুনা কত্তবা সিত্তোকপা হৌরকলে। ৭৮॥ মন্দিরগী মনুং মথক পুম্নমক সিত্তোকলক্লে। অহুগুম্বা সিংহাসন সেংদোকই ফক্লাং মাযকৈ মরি সিংখরক্লে ॥ ৭৯ ॥ 'মন্দিরগী মনুং সিস্তুনা শেংত্তোক্লক্লে। মতুংতুদা অহুমনা শ্রীজগমোহনবু শেংতোক্লক্লে ॥ ৮০ ॥ মায়কৈ ৪দা ভক্ত চামনা গুমচিং পাযবে। প্রভু মহাকনা শেংলগা ভক্ত পুম্নমক্তা তম্বিরি। ৮১॥ প্রেমনা হরাওনা মন্দিরবু শেংলকই কৃষ্ণনাম্বু লৌই। ভক্তশিংনা কৃষ্ণ শোল্লি মথৌনি হায়না তৌনৈ ॥৮২। উফুলনা য়াওরবা হকচাংদো য়েংবদা নিংথিজরে। কদাই ফদাইদা মুংশিবগী পি তাবক্তুনা শেংদোক্লকই ॥৮৩॥ ভোগ মাণ্ডপ সিংলে প্রাঙ্গলস্মু শেংত্তোকলে। খুম লৈরিবা পুম্নমক মথং মনাও নাইনা শেংতোকলে ॥৮৪॥ নাপি উফুল চেগাই, চেকতেক পুম্নমক্তো পুনশিল্লে। বহির্ব্বাসদা যোমদুনা মপান্দা হুন্দোকলৈ ॥ ৮৫ ॥ মত্তৌ অসুম্না ভক্তশিংনা মাগী মাগী ফিতনা য়োমদুনা। নাপি-উফুলবু য়ামনা হরাওনা মপান্দা হুন্দোকলরে ॥ ৮৬ ॥ প্রভুনা হায় — কনানা কয়া যাম্না সেংতোকপবু তৌরিবা। নাপী উফুলনা চাংদমদুনা য়াজবব থংনসি ॥ ৮৭ ॥ পুম্নমককী সিংচিন্দুনা অমতা ওইনা পৈসিল্লে। পুম্নমক্তগী প্রভুগী মপৈনা অহেনবা ওইবে ॥ ৮৮ ॥ মত্তৌ অসুমনা মনুংগী মন্দির মথৈ সে তোকলে। অমুক হল্লা ভক্ত পুম্নমক্তো য়েস্তোকতুনা পীরগা ॥ ৮৯ ॥ কুপালবা উযুল নাপী মুংকুপ পুম্নমক্তো খুস্তোকথরে। অফবা মতৌনা সেংত্তোকলে অয়াম্বা জগন্নাথগী মন্দিরশিংদো ৯০। অয়াম্বা বৈষ্ণবশিংগা লোয়্নদুনা

মতমহুদা অনিরক সেংত্তোক্লে। য়েংবদা মহা-প্রভুগী পুক্লিংদা অপেনবা ওইবে ॥৯১॥ অতোপ্পা ভক্ত চামনা চফু চামদা ঈশিং থল্লা শোক্‌লগা। অহানবদা পুরকতুনা মতম ভাইত্থনা লৈররে ॥৯২ মতম অহুদা ঈশিং পুবকউ হাযনা মহাপ্রভুনা হায়রকপা। মতমহুদা চফু চামা পুবক্তুনা প্রভুগী মাংদা পীররে ॥৯৩॥ অহানবদা প্রভুনা মন্দিববু তৈথোক্লকলে। মথক মথাগী ফকলাং মন্দিব মনুং সিংহাসন পুন্নমকসিবু ॥ ৯৪ ॥ চফুগী তঙ্খাইদ'— ঈশিং থলহল্লগা মথক্তা চাইথক্তুন। ঈশিং অসিনা মথকস্থ ফকলাংস্থ তৈথোক থাদোকলে ॥ ৯৫ ॥ অহানবদা মন্দিববু প্রভুনা তৈথোক্লকলে। পভুগী নিংথিবা থুংমকনা সিংহাসনবু সেংতোকলে ॥৯৬ ভক্তশিংনা মন্দিব মনুংবু তৈথাকলকই। মাগী মাগী মথুংনা মন্দিববু তৈথোকই ॥৯৭॥ কনানা ঈশিং চয় মহাপ্রভুগী থুত্তা পী। কনানস্থ মবৈনা শ্রীগৌরহরিগী চবণগী মথক্তা ঈশিং হৈথৈ ॥৯৮॥ কনানা লোৎতুন ঈশিং অহুবু থকচবি কনানা নিহুনা লৌজ, কনানা অতোপ্পদা পী ॥ ৯৯ ॥ যুম চামথোকলুবা ঈশিংদো ঈশত্তা থাদোকলকই। ঈশিং অত্থনা মঙ্গোল পুন্নমক্তো থন্ন লৈররে ॥১০০ মশাগী ফিনা য়ুমবু প্রভুনা লৈথোকই। মহা-প্রভুনা মফিনা সিংহাসনবু তৈথোকই ॥১০১॥ চফু চামগী ঈশিংনা মন্দির সেংতোকই। শ্রীচৈতন্যগী পুক্লিংনা তৌবগুমনা মন্দিরবু সেংতোক্তুনা ॥১০২ মন্দিরদা লুনা, ঈংনা লংনা ফজহল্লে। ইবুংঙো মহাককী মপান্দা থমোইদা লুবগুম্না ওইরে ॥১০৩ ভক্ত চাম-চামনা ইন্দ্রদ্যুম্ন-পুখ্রিদা ঈশিং শোক্লে। কুমকম থাক ফংদহুনা কুমকম নত্তবদা কনানা ঈশিং শোকই ॥১০৪॥ থল্লবা চপু পুহুনা ভক্ত চামনাকারক-পা। অহাংবা চফু পুহুনা অতোপপা ভক্ত চামনা থল্লি ॥১০৫॥ শ্রীনিত্যানন্দ, অদ্বৈত স্বরূপ, ভারতী

অমদি পুরী। মথোয় মতাসি নহুনা অতৈ পুম্নমক্তি ঈশিং শোকতুনা হোল্লি ॥ ১০৬ ॥ চফুগা চফুগা থেঙ্গাইনহুনা চফু কয়া কাযথরে। মহুদা চফু চাম-চামা মীশিংনা পুরক্তুনা লাকই ॥১০৭॥ ঈশিং শোকউত্থনা মন্দিরবু তৈথোকই হরিধ্বনি তৌই। কৃষ্ণ-হরি, নহুনা অতোপ্পা থোঙ্গেল তাদে ॥১০৮॥ চফুবু শিন্নবদ' কৃষ্ণ কৃষ্ণত' শোল্লি। চফুগী পীযু হায়জবদস্থ কৃষ্ণ কৃষ্ণত' শোল্লি ॥১০৯ মহু মহুবু হায়গদবদা কৃষ্ণগী নামামৃত্ত শোল্লি। অয়াম্ব' অপাম্ব' পুম্নমক্তো কৃষ্ণগী নামদা থংনরি ॥১১০॥ কেমদা চংহুনা প্রভুনা কৃষ্ণনাম্ব শোল্লি। প্রভুনা প্রেমতনা মী চামগী থবকপু মতোমহুনা তৌই ॥১১১॥ থুং চামনা তৌবা অহুগুমনা তৈ-থোক সেংতোকই। ভক্তশিংগী মনাক্তা চংতুনা তম্বিবু শৌবি ॥ ১১২ ॥ অফবা থবক উৎগা মাবু প্রভুনা থাগৎলি। পুকনিংনা য়ানিংজবদি— পণ্ডিতপুস্থ চৈহংলি ॥১১৩। নংনা ফনা তৌথোকউ অতোপপদা তম্বিয়ু। মতৌ অহুমনা অফবা থবক তৌ, অহুমনা মীহুনস্থ তৌগনি ॥ ১১৪ ॥ রাসি তারহুনা পুম্নমকনা চিংনবা ওইহুনা পুম্নমকনা থবক্তা পুকনিং চংনা ফননবা মতৌ তৌই ॥১১৫॥ মতম অহুদা মহাপ্রভুনা শ্রীজগমোহনবু তৈরগা। মতুংদা ভোগ মন্দিবপু রাই তৈথোকই ॥ ১১৬ ॥ নাটশালা তৈরে মায়কৈ মবিগী প্রাঙ্গনবু তৈরে। চাকথোংশঙনচি বা পুম্নমকপু তৈথোকলক্লে ॥১১৭॥ মন্দিরগী মায়কৈ মবিমক রাই শেংনা তৈথোক্লক্লে। অয়াম্বা মন্দিব পুম্নমকপু ফজনা তৈথোকলে ॥১১৮॥ মতম অহুদা লৌশিং শিংবা তুলরিংবা গৌড়িয়া অমথকনা। প্রভুগী থোং অনিদা চফুদগী ঈশিং হৈথরক্লে ॥ ১১৯ ॥ ঈশিং অহু লৌহুনা মহাকনা থকচরকই। মহু উবদা প্রভুগী পুক্লিংদা অরাবা অশাওবা ওইরে ॥ ১২০ ॥ তৌইগুমস্থং—

শ্রীচৈতন্যগী অপেনবা মভোন্দা ওইযে। অতুম-মকপু তম্বিগে হায়তুনা মপান্দা অশাওবা ওই ॥১২১॥ স্বরূপ গোসাঞিগী কৌশিন্নগা মডোন্দা হায়রে। মেংক্ত নংগী গৌড়িযা ব্রাহ্মণগী লমচং অসি ॥১২২॥ ঈশ্বরগী মন্দিরদা ঐগী গোংসু থা-দোকলগা। অতগুম্বা ঈশিংদো লৌতুনা মানা থকখরে ॥১২৩॥ অসিগুম্বা অপরাধনা ঐগী করিবু কুংগরা। নংগী গৌড়িয়াসিনা অস্ময ওইবা রা-থোকপু তৌরে ॥১২৪॥ মতমতুদা স্বরূপনা মহাক্কী লুশমদা খুৎনা পায়তুনা। খংইন ইন্দুনা মন্দিরগী মপান্দা পুথোকখরে ।১২৫। স্বরূপনা অমক তম্না লাকতুনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা নোললুরগে। অপং-বগী অপরাধবু ঙাকপিবদা মতিক ওকই হায়বরে ॥১২৬। মতম অদুদা মহাপ্রভুগী পুকনিংদা পেনব ওইরে, কৌশিনখরে। মাঃ ক অনিদা ভক্তশিংবু পরেং অনি থোকনা ফমহল্লে ॥ ১২৭ ॥ ইবুংঙোনা ময়াইদা ফমতুনা মহাক্কী খুৎমকনা ‑াপী, চৈতেক মুংকুপ, চেগাই পুন্নমক্লো পৈশিল্লি ॥১২৮॥ পুন্ন-মকনা অমমমতা পৈশিন্নবো কনানা যাম্বগে য়েংসি মাগীনা য়ামত্রবা মাগী মফমদগী অথুম অহ ও লৌ-নসি ॥১২৯॥ অস্তুম তৌম মবোল অমা পন্দুনা অরাম্বা মন্দিরবু সেংতোকলে। মাগী পুকনিংনা তৌবগুমনা ঈংবা, লূবা ওইহল্ল ॥ ১৩০ ॥ মতম অতুদা ঈশংগ্গা থাদোক্লুনা ঈশিং চেংপাকহল্লি। ঈহৌরকপা ফুরেলনা সমুদ্রনা তিল্লবহমনা ওইরে ॥১৩১॥ মতৌ অস্নুমনা মন্দির থো মাংগী লম্বী অরাম্বা লৈরিবা। পুন্নমকপু সে তোকলে মদুবু কনানা কল্লামকপু শিংথাগবা। ১৩২ ॥ নৃসিংহ— মন্দিরগী মচুং মপানবু সে তোবলে। মিংকুপ [illegible] পোথারগা প্রভুনা জগোই হৌখরে — ॥১৩৩॥ মায়কৈ মরিদা ভক্তশিংনা সঙ্কীর্ত্তন তৌরি। প্রভুনা [illegible] জগোই শারি, প্রভুনা ময়াই

কায়বা নোংশাগা মাইরে ॥ ১৩৪ ॥ কম্পাং পৌলক, নিকপা, কুচু ওনবা, পিংতাবা, ভুজুংবা, [illegible] ওইরে। মান্দা পিমু শিঙ্করক্তুনা মশাবু চাম-থোকখরে ॥১৩৫॥ মায়কৈ মরিদা ভক্তশিংগী মশাক্ষু পিনা থাদোকপা ওইরে। ইত্তেন থাগী নোংনা চুবদা তৌবা অতগুম্বা ওইখরে ॥১৩৬॥ মামনা রাংনা তৌবকপা সঙ্কীর্ত্তন্না আকাশ থনখরে। প্রভু-গী উদ্দণ্ড জগোইনা লৈপাকপু নিকপা ওইরে ॥১৩৭॥ স্বরূপকী রাংনা শকপা শকপনা প্রভুগী অপাম্বা ওইরি। মুংচাইবনা উদ্দণ্ড জগোই শাই শ্রীগৌরহরিনা ॥১৩৮॥ মতৌ অস্নুমনা মিংকুপ কযামরুম জগোই শারগা। মতমু থংনা প্রভুনা পোংবরু তৌরকলে ॥ ১৩৯ ॥ শ্রীঅদ্বৈতগোসা-ঞিগী মচানুপা শ্রীগোপাল কৌববু। প্রভুনা জগোই শ ও হায়না মগোন্দা রাথং পীবে ॥১৪০॥ মানা প্রেমদা চ তুনা জগোই শাবদগী রাস্থখরে। জ্ঞান লৈতনা মানা লৈপাক্কা তারে ।১৪১॥ তকুপ তবামনা আচার্য্যগোসাঞিনা মাব কোনখংলে। মুংশাম্বর হোনবা উবদা আচার্য্য অরাবা ওই-খবে ॥১৪২॥ নৃসিংহ মন্ত্র শোন্দুনা ঈশিংগা লোক-না থিকই। কৌরকপা তামবা ভংলকপগী — থাংজুগ্না ব্রহ্মাণ্ড থিনগাইরে ॥১৪৩॥ য়ামনা তৌ-রক্লে তৌতুনমকপু জ্ঞান তাদরে। আচার্য্যনা কপ-লকপনা অয়াম্বা ভক্তশিংসু কপই ॥ ১৪৪ ॥ মতম অতদা মহাপ্রভুনা মাগী মবুক্কা খুংনা পায়তুনা। স্বর রা না কৌহনা পৌগংলো গোপাল [illegible] ॥১৪৫॥ তাবদগী গোপালগী জ্ঞান তারকলে, কৃষ্ণ শোংলকলে। অংম্বা ভক্তশিংনা কৃষ্ণ শোন্দুনা জগোই শারকলে ॥ ১৪৬ ॥ অসিগুম্বা লীলাসু চৈতন্য ভাগবতা বৃন্দাবনদাসনা লেংখরে। [illegible] অতুনা ঐনা হুপনা শিংথোকখনি ॥ ১৪৭ ॥ [illegible] মহাপ্রভুনা মিংথুপ মকম পোথোকপাং [illegible]

পুখ্রিদা ভক্তশিং লোয়ননা ঈশিংদা শায়ৈ ॥১৪৮॥ মপান্দা কাখৎতুনা পুন্নমক্তো অকংবা ফি শংলে। শ্রীনৃসিংহ খুরুমলগা উপবন্দা চংখবে ॥ ১৪৯ ॥ ভক্তশিংগা লোয়নতুনা বন্দা প্রভুনা ফমহনা লৈরে, মতমচুদা বাণীনাথনা প্রসাদীবু পুতুনা লাকলে ॥ ১৫০ ॥ তুলসী পত্রন, পডিছানে অনিগা কাশীমিশ্রগনা ॥ ১৫১ ॥ অযাম্বা মী চামডাশিংনা চাবদা কোম্নবা। অহুক য়াম্বা চাক অথুম অহাও পুমনমকপু থারকই ॥ ১৫২ ॥ উবতুনা প্রভুগী পুকনিংদা অপেনবা ওইবে। পরমানন্দপুরী, মহা-প্রভু, ব্রহ্মানন্দ ভারতী ॥ ১৫৩ ॥ অদ্বৈতাচার্য্য, আচার্য্যনিধি, শ্রীবাস গদাধর। শঙ্করারন্য ন্যা-য়াচার্য্য, রাঘব, বক্রেশ্বর মযামসি ফমই ॥১৫৪॥ প্রভুগী যাথং ফংতুনা সার্ব্বভৌম মহাকন্ন ফমলে। লৈবুংগী মথক্তা প্রভুনা মীযামসি লোয়নতুনা ফমলে ॥১৫৫॥ মাগী মথাদা মথং মনাও নাইনা প্রসাদী ফংগদবগী বন থম্ন' ভক্তশিংনা ফমলে ॥১৫৬॥ হরিদাস। হায়না প্রভুনা যুইনা ফুইনা কৌবক্লে। অরাপ্পদা লৈবগা হরিদাসনা হঙ্গংলকই। ১৫৭॥ প্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা প্রসাদীবু লৌবিরো। অসিগুম্বা উৎকুম্বা ঐনা তিম্দুনা ফম বদা মতিক ওক্তে ॥১৫৮॥ মতুংদা মপানগী থোংদা গোবিন্দদা ঐগী প্রসাদী পীবিরকউ। পুক থং-তুনা মডোন্দা প্রভুনা অমুক হন্না হাযবক্তরে ॥১৫৯ স্বরূপগোসাঁঞি, জগদানন্দ, দামোদর। কাশীশ্বর, গোপীনাথ, বাণীনাথ, শঙ্কর ॥১৬০॥ মতুদা তরেৎ অসিনা প্রসাদীবু য়েন্নকই। মরক মরক্তা ভক্ত-শিংনা হরিধ্বনি তৌরকই। ১৬১॥ মমাংডৈ দ্বা-পরদা শ্রীকৃষ্ণনা পুলিন ভোজন তৌখিবগুমনা ঐনা অসিবগী মহাপ্রভুগী পুকনিংদা নিংশিংবা ওইরে ॥১৬২॥ তৌইগুম্নং প্রভুনা প্রেমদা চং-তুনা তপতবা ওইরে। ওইতুনমকপু মতম কয়াক পুকনিংনা ভপথরে ॥১৬৩॥ প্রভুনা হায়, লাকিবা মথেম্না ঐডোন্দা হাপউ। অথুম অহাও অমুক গুটিকা ভক্তশিংদো হাপউ ॥১৬৪॥ মানা মতু পাম্বী পুন্নমক খংবা প্রভুনা। মী মীতুদা মতুবু স্বরূপনা থোং ওইনা হাপহল্লি ॥১৬৫। জগদানন্দনা য়েন গদবগী অসুম কোযরকই। প্রভুগী চালুক্তা— অফবা পোংশকপু খংহৌদন হাপই ॥১৬৬। তৌই-গুম্বসুং প্রভুনা হাপপা মডোন্দা অশাওবা ওই। ওইতুমকপু মবৈ-মরা তৌনা হাপই মতু হাপপদা পেল্লি ॥১৬৭॥ অমুক লাক্তুনা হাপ্পম্বা পোত্তো হন্না য়েংলকই। মাবু কিবনা প্রভুনা খজিক্তংবু চারকই ॥১৬৮॥ চাপ্রধদি জগদানন্দ চরা হেনবমু তৌগনি। অসিগী পুকংদা মিপাইতুনা মাগী মমাংদা খজিক্তং চায় ॥ ১৬৯ ॥ স্বরূপগোসাঞিন কুরবা অথুম্বা প্রসাদীবু পুরক্তুনা। মাংদা লেপতুন— প্রভুদা রা মরোল হঙংলি ॥১৭০। প্রসাদী অসিমু খাজক্তা মহাও থংনা চাবিয়ু। শ্রীজগন্নাথনা করম্না চাবনু তৌখ্রিবা য়েংবিয়ু ॥ ১৭১ ॥ অসি হায়তুনা হান্না খজিক্তং প্রসাদীদো হাপলে। মাগী প্রেম্না প্রভুনা খজিক্তং চরকই ॥ ১৭২ ॥ মতৌ অমুম্না মনাহ অনিনা হন্না হন্না তৌই। মসি অডকপনি মনাই অনিগী সুংশিবগী লমচংনি। ১৭৩॥ প্রভুনা মনাক্তা সার্ব্বভৌমবু ফমহনখিবা। মনাই অনিগী সুংশিবদো উবদা সার্ব্বভৌমনা নোকই ॥ ১৭৪ ॥ সার্ব্বভৌমদা প্রভুনা অথোইবা প্রসাদীবু। সুং-শিনা তৌতুনা হন্না হন্ন চাহল্লি ॥১৭৫॥ গোপীনাথ আচার্য্যনা অথোইবা মহাপ্রসাদী পুরক্তুনা। সার্ব্ব-ভৌমদ, পীরগা থুমলবা রাহৈনা হায় ॥ ১৭৬ ॥ ভট্টাচার্য্য হায়গী ফকচনবা লমচৎনা কদাইদা চংখ্রে চ-অসিগুম্বা অয়োইবা সুংশাইবনা কদাইদনীরো

য়াখল তৌরো ॥১৭৭॥ সার্ব্বভৌমনা হায়— ফত্ত-বদা থনবা রাখল ফত্তবা ঐনি। নংগী থৌজান্দগী ঐগী অসিগুম্বা প্রেম লনগী সমুদ্রবু ফংবনি ॥১৭৮॥ শ্রীমহাপ্রভু নত্তনা থৌজালহৈবা কনানা ওইদে। কাকপু গগুড ওইহল্লি অস্নমনা কনানা ওইবগে? ॥১৭৯॥ ন্যায় হৈবা লমহুইশিংগা লোয়নহুনা উ-রাঃ থোংহুনা লৈবম্মী ॥ অসিগুম্বা চিন্দা হৌজিক্তি মতম পুম্নমকতা 'কৃষ্ণ-হরি' শোল্লে ॥১৮০॥ মপান থোরা পং'ব' ত্বর্ক ত্তরা শিষ্যশিংগা লোয়নরম্বা কদাইদা চংখ্রবা? অসিংম্বা অমৃতগী সমুদ্র ঈথক্তা তাওবদা তিন্নবখি, বদাইদগী কৃপাদগীনি ॥১৮১॥ প্রভূনা হায়— শ্রীকৃষ্ণদা নংগী মুংশিবনা হায়া অপাংবনি। নংগা তিন্নবদগী ঐখোয় পুম-মক্কী শ্রীকৃষ্ণদা পুক্লিং চংজবনি ॥ ১৮২ ॥ ভক্তগী মতিক চাওখংহল্লবা, মনাই ভক্তদা মুংগাইবা পীবদা মহাপ্রভুগা মান্নবা অতোপপা মবোন অহুমদা লৈতে ॥১৮৩॥ মতমহুদা মীপুম তিংনা ভক্তশিংগী মমিং লৌহুনা। থৌজালবিহুনা অথুম অহাও হাপ-হল্লি ॥১৮৪॥ অদ্বৈত, নিত্যানন্দ অনিমক পরেং অমতদা ফমলুরে। মহুদা মথোয় অনিনা পাওশা রাহৈনা থংনশিন্নবা হৌরকলে ॥ ১৮৫ ॥ অদ্বৈতনা হায় অবধূতকা পরেং অমতদা ফম্মিন্নহুনা। চাকাৱ থংদে মতুংদা করি ফংবা ওইরক্কদবা? ॥১৮৬॥ মাগীদি অমাংবা লৈতে, মতিক চাওবা সন্ন্যাসীনি। চাক চামিন্নবগী অকাযবনা সন্ন্যাসীগীদি অকায়বা ওইদে ॥ ১৮৭ ॥ "চাক্কী অকায়বদি সন্ন্যাসীদ'— লৈতে" হায়রিবসি লাইরিককী অতাকপনি। য়ুম লিংবা ব্রাহ্মন্নিনা ঐগী অসিগুম্বা অকায়বগী শ্রকম ওইরে ॥১৮৮, মহাকৃকী পোকফম শাগৈ-পুকচেল, লমচৎ, মশক থংদবা। মাগা লোয়ননা পরেং অমদা কম্বা য়ামনা অকায়বনি ॥ ৮৯॥ নিত্যা-নন্দনা হায়— অদ্বৈত আচার্য্য নংদি। শুদ্ধভক্তিগী থবক্তা পগহল্লবা, জীববু ঈশ্বরনি হায়বনি ॥১৯০॥ নংগী অনিশুদবা রাহৈ অহুদা তিন্নরবা মীহুনা মশক অমতদা নত্তনা মানা অনিশুনা থংদে ॥১৯১॥ অহুগুম্বশিংগা লোয়নহুনা ঐগা অমতদা চামিন্নরে। নংগা লোয়নবসিদা পুক্লিংনা করমনা ওইগব— থংগে ॥ ১৯২ ॥ মতো অসুমনা মথোয় অনিনা অমনা অমদা হাযনৈ। পাও সনববু তৌই, অনিনা অওম্বা ওন্ন-তৈনা ডানৈ ॥১৫৩॥ মতমহুদা প্রভূনা অযাম্বা বৈষ্ণবশিংগী মমিং কৌহুনা। প্রসাদীবু পীনহল্লি থৌজালগী অমৃত খিকথবি ॥১৯৪॥ পুম্নমকনা চাবা লোইরগা হৌগত্তুনা— হরিধ্বনি তৌবে। হরিধ্বনিনা হৌবকপনা অহু-গুম্বা স্বর্গ-মর্ত্ত্য-পাতাল থনথবে ॥ ১৯৫ ॥ মতম অহুদ মহাপ্রভুনা অযাম্বা মনাই ভক্তশিংদা। শ্রী-হস্তনা পুম্নমক্তা লৈ পবেং, চন্দন পাবিরে ॥১৯৬॥ মতমহুদা খেল্লিবা স্বরূপচংবা তাবেংতো যুমগী মমুংদা ফমহুনা প্রসাদী ফংববু তৌজবে ॥ ১৯৭ ॥ প্রভূনা অরেম্বা থাকলম্বা প্রসাদাবু গোবিন্দনা লোশিল্লে ॥ মাগী থমহৌরগা প্রসাদী চাকতো পুহুনা হরিদাসদা পীনরুরে ফংহল্লে ॥১৯৮॥ ভক্ত-শিংনা গোবিন্দগী মনাক্তগী থজিক্তংবু নিহুনা— লৌনৈ। অহুগুম্বা প্রসাদী চাকপু কোম্না গোবিন্দনা মাগী শরুকতো চাজরে ॥ ১৯৯ ॥ মনিং তম্বা ঈশ্বর ওইবা প্রভূনা অয়াম্বা লীলাবু শান্নরে। "ধোয়াপথালা" কৌই মসি প্রভুগী লীলা অমনি ॥২০০॥ অহুগী মতুংগী মুমিত্তা শ্রীজগন্নাথগী নে-ত্রোৎসবনি। থোইদোকনা হরাওবসি ভক্তশিংগী থরাইগা মান্নবনি ॥২০১॥ শ্রীঅঙ্গরাগগী তরামডানি য়েংবা য়াদবদগী মী পুম্নমনা রামক্কই। নোংমা পানবা মুমিত্তা শ্রীজগন্নাথ য়েংলবদা পুম্নমক্কী মুংঙাইরে ॥ ২০২ ॥ মহাপ্রভু মুংঙাইনা ভক্তশিংবু

পুরহুনা। শ্রীজগন্নাথগী দরশনদা লেংলকলে ॥২০৩ মাংদা কাশীশ্বরনা চত্নুনা মীয়ামবু ভুকবোকই। তুংদা গোবিন্দা জলপাত্র পুহুনা চৎলি ॥ ২০৪ ॥ প্রভুগী মাংদা পরমানন্দপুরী, ব্রহ্মানন্দ ভারতী অনিমা চৎলি। মখাইদা শ্রীগৌর-নিত্যাই ওই স্বরূপ, অদ্বৈত অনি চৎলি ॥ ২০৫ ॥ তুংদা মাক নকনা অতোপপা ভক্তশিং পুন্নমক চৎলি। পীমশিন্দুনা শ্রীজগন্নাথগী মন্দিরদা লেংলকলি ॥২০৬॥ য়েংবা পাম্বতনা প্রভুনা চৎনবা লমচৎ কাইরে। ভোগ মাওংদা শমহুনা শ্রীজগন্নাথগী মাইথু য়েংলকই ॥ ২০৭ ॥ প্রভুগী মিং অনিমা থৌরাংলবা থোঙ্গম অনি ওইরে। উমথৈ নাইদনা থকমিংনা শ্রীজগন্নাথগী মাইথোং থম্বালবু থকই ॥২০৮॥ যুক্তাইনা শাংলবা থম্বাল অনিবু উম-থবা মিং .থম্বাল অনিনা। মিংসৈনগা লোয়নবা অশংবা মনিগী মতাম্না চাইকংদা উকুপ তরেংলি ॥২০৯॥ ইচুংলৈশাংলববু উমজে উতাংবা চিন বানিগী কর্জবনা। য়োমন নোকপা মিনোকক্কী মতাম্না অমৃতগী ইথকনি ॥ ২১০ ॥ শ্রীজগন্নাথগী মাইগী মিংথিজবা অমৃতনা মিংকুপ মিংকুপকী চাওখৎলি। প্রভুনা লোয়নবা ভক্তশিংগী মিং থোইথু কোটি কোটিনা থকলিবনি ॥২১১॥ অমুক্কী মথৈ থকনা অমুক্কী মথৈ অতংপা লৈতনা থৌরাংবা হেনগৎলি। মাইথোং থম্বালবু থাদোক তুনা মিংনা অতোপপদা য়েংবা উমদে ॥ ২১২ ॥ মতৌ অসুমনা মহাপ্রভুনা ভক্তশিংগা লোয়ননা মনিং য়ুংবা কাওনা শ্রীজগন্নাথগী মুখ দর্শন তৌই ॥২১৩। হুমাং শোৎবা, লিকপা, শি-ভাবা, অতংলবা অকাংবা নাইদনা। য়েংববু পাম্বদৌ প্রভুনা ময়ক জনথবু তৌই ॥ ২১৪ ॥ মরক মরক্তা নুক্ কংপা, মরক মরক্তা দর্শন তৌবা। নুক কংপগী মতমদা প্রভুনা সঙ্কীর্তনবু তৌই ॥২১৫॥ য়েংবগী গুংতাইবা প্রভুনা পুন্নমকপু কাওথরে। থৌগল্লিবা ভক্তশিংগা লোয়নহুনা প্রভুনা মধ্যাহ্ন ভোগদবগী লেথকে ॥২১৬॥ হয়েং নোংতানবদা রথযাত্রানি হায়বাগী থংহুনা। শ্রীজগন্নাথগী সেবকশিং নুক্ নরক অনি লৈমা হৌরকি ॥২১৭॥ গুণ্ডিচা মার্জন লীলাবু সুপনা হায়জরে। মসিবু তাবদা পাপ চেৎনা শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু ওই ॥ ২১৮ ॥ শ্রীরূপরঘুনাথগী চরণদা চনা খুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যগী অরৈপা লমচৎপু কৃষ্ণদাসনা হায়রে ॥ ২১৯ ॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা গুণ্ডিচা মন্দিরগী মার্জন লীলা হায়বা তরানিথোইতবা পরিচ্ছেদনি।

# ত্রয়োদশ পরিচ্ছেদ

স জীয়াৎ কৃষ্ণচৈতন্যঃ শ্রীরথাগ্রে ননর্ত্ত যঃ। যেনাসীজ্জগতাং চিত্রং জগন্নাথোঽপি বিস্মিতঃ ॥১॥

অন্বয়ঃ ।—যঃ—মানা, শ্রীরথাগ্রে—শ্রীজগন্নাথগী কাংগী মমাংদা, ননর্ত্ত—জগোই শাখি, যেন—জগোইদুনা, জগতাং—জগৎকী জীব পুম্নমককী, চিত্রং—অঙকপা, আসীৎ ওইখি, সঃ—অদুগুম্বা, কৃষ্ণচৈতন্যঃ—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা, জীয়াৎ—জয় ওইসনু। ইতি ॥১॥

অনুবাদঃ ।—শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মানা শ্রীজগন্নাথগী কাংগী মমাংদা জগোই শাখি। জগোই অদুনা জগৎকী জীব পুম্নমকপু অঙকপা ওইহনখি, শ্রী জগন্নাথমকসু ঙকখি। অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা জয় ওইসনু। ইতি ॥ ১ ॥

শ্রীচৈতন্যবু জয়া জয়া খুরুমজে, নিত্যানন্দবু—খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে গৌরভক্তগী মপেবু খুরুমজে ॥১॥ তাবিবিবশিংন পুকনিং ১ত্তা ওইনা তাবিনবা খুরুমজে। প্রভুগী কাংগী মা দা শাবা জগোইদি য়ামনা ফজে ॥২॥ অদুগী মতুংগী স্নমিত্তা মহাপ্রভুনা পুক্নং চ'বা ওইনা অহংদা হৌগৎতুনা মনাইশিং লোয়ননা ইরুজরগা ।৩॥ পাণ্ডুবিজয় (জগন্নাথনা লেংখোকপা) বু য়েংগদবগীদমক লেংলকলে। সিংহাসনবু থাদোক্লুনা শ্রীজগন্নাথ যাত্রা তৌবে ॥৪। পাত্রশিংগা লোয়নরনা প্রতাপরুদ্র নিংথৌ মহাকসু। ভক্তশিংগা—লোয়ননা মহাপ্রভুগীসু দর্শন তৌরি ॥৫॥ অদ্বৈত, নিত্যানন্দনচিংবা ভক্তশিংনা থৌগল্লুনা। খুংঙাইনা মহাপ্রভুনা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌ ॥৬। দয়িতা পাণ্ডাশিংনা পাঙ্গলবনা ময়াইকাবা শামুগুম্বনি। মখোয়না থুংকা থুংকা পায়নদুনা শ্রীজগন্নাথবু লেংখোককলে ॥ ৭ ॥ দয়িতা পাণ্ডা কয়ানা লেংবাদা পায়রদুনা। দয়িতা পাণ্ডা কয়ানা শ্রীচরণ পদ্মদ পায়দুনা ।৮॥ শ্রীজগন্নাথগী খ্বাংদা অচৌবা, কত্রংগী থৌরীনা পুন্দুনা। মায়কৈ অনিদা চিংথোকতুনা মতোন অনিদা পায়দুনা ॥ ৯ ॥ মফম মফমদা তেরাগী থানা, চেংনা তুবা মোনতেকমোন্দুম থাই। সিংহাসন্দগী মোনতেক্কা মোনতেক অমদগী অমদা লেংই ॥১০॥ শ্রীজগন্নাথগী শ্রীচরণা নেংপদা মোনতেক্কা মচেং মচেং পোকথাইরে। মথোল হৌনা কাইদুনা তেরা পুম্নমক্কো পাইথৎলকলে ॥ ১১ । বিশ্বম্ভরনি শ্রীজগন্নাথনা লুম্নদো কনাগী পাঙ্গলনা লেংবদা ঙমদে। শাম্নগে হায়বা মাগী রাথলদগী মতোমতন লেংবনি ॥১২॥ "শ্রীজগন্নাথ পুম্নমককী মবুংঙো" হায়রকপা খোঞ্জেল্লা হৌই। অরাম্বা হৈবা পুংগী নীল খোংবনা করিসু অমত্তা তাখিদরে ॥১৩॥ মতম অদুদা নিংথৌ মশা মকনা সেবাবু তৌরকই। সনাগী ওমচিং পায়দুনা চংথোম্না রাই সিংলি ॥১৪॥ লশীদা চন্দনগী ঈশিংনা চাইদুনা উফুল কারি। সিংহাসন্দা ফম্বা নিংথৌনা অতোনবগী সেবাবু তৌজরি ॥ ১৫ ॥ অখোইবা ওইবা নিংথৌনা অতোনবগী সেবাবু তৌজবা। মরম অদুনগী শ্রীজগন্নাথগী থৌজালগী মফম ওইবনি ॥১৬॥ অদুগুম্বা সেবাদো উবদগী মহাপ্রনা খুংঙাইবা ফংথরে। অদুগুম্বা সেবাদগী মহাপ্রভুগী থৌজালসু ফংজরে ॥১৭॥ কাংগী লেপ্‌বা,

শাবদো য়েংবদা মীয়ামনা গুকথরে। অহনবা কাংদো সনাগী মশকনি য়াংবনা সনজিংগুম্বী ॥১৮ মিংসেলনা ইরং লংই, অতোবা চমির চর্ম-চামনি ছুমলিবা। মথক্তা ফিরায়, লৈনা, থাক্ননা লুনা লৈতেংলি ॥১৯॥ ঘাগর-কিঙ্কিণীনা খিংবা, শরিকী খোঙ্গেম্না হৌবা। কয়া য়েক খোংপা বত্রংগী ফিনা লৈতেংবা কাংদা ॥২০॥ ইরাই লায়না তোংথংখ্রে শ্রীজগন্নাথনা কাংগী মথক্তা। অতোপ্পা কাং ২দা হলধর সুভদ্রা অনিনা তোংলে ॥ ২১ ॥ শ্রীলক্ষ্মী পুহুনা জগন্নাথনা মুমিং তবামতানি। মাগা লোয়-নহুনা অচিকপদা ফমহুনা শান্নকবগা ।২২॥ যান-হুনা মহাককী মফমদগী বিদায় লৌহুনা ভক্ত মুংতাইবা পীনবা। শান্নরুগে কাং তোংহুনা মপান্দা লেংথোক্লকপনি ॥২৩॥ লম্বাদা অকুপ্পা অতোবা লৈতোইনা যমুনা মপানগুম্বী। ওই য়েক্তা বন পুম্ন-মক্তুনা শ্রীবৃন্দাবনগুম্বা পুক্নিং হুই ॥২৪॥ কাংদা তোংহুনা শ্রীজগন্নাথনা লেংবা। ওইযেক্তা যেংবদা পুকনিং মুংতাইনা লেংই ॥২৫॥ গৌড হায়বা কাং চিংবশিংনা মুংতাইনা কাংবু চিংই। মিংকুপ অমা চেল্লি, মিংকুপ অমা লেপ্পী, মিংকুপ অমা তপনা চংলি কাংদো ॥২৬॥ মিংকুপ অমা লেপতুনা লৈ-থোকই চিংবদা লেংদে। কনাগী পাঙ্গলনা চিংবা ঙমদে ঈশ্বরগী য়াথলনা চংপনি । ২৭ ॥ মতম অতুদা মহাপ্রভুনা অয়াম্বা ভক্তশিংবু পুহুনা। শ্রীচৈতন্যগী খুংমক্তনা ভক্তশিংদা লৈ পরেং চন্দন লৈতেংবিরে ॥ ২৮ ॥ শ্রীপরমানন্দ পুরী অমদি ব্রহ্মানন্দ ভারতীদা। শ্রীচৈতন্যনা শ্রীহস্তনা লৈ-চন্দন তৌবুবদা য়েক্না মুংতাইরে ॥ ২৯ ॥ অদ্বৈত আচার্য্য অমদি শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুদা। শ্রীগৌরাঙ্গগী খুৎনা শোকপদা ভক্তা মুংতাইরে ॥ ৩০ ॥ ঈশৈ শাকুককৌরিবশিংদা লৈ পরেং চন্দন তৌবিরে। অরূপ, শ্রীকান্ত মথোয় অনিনা মহুৎনী লুচিংবনি ॥৩১ পালা মরিগী ঈশৈ শকপা কুনমরি। অনি অনি পুংরৈবা মী নিপান অমা ॥ ৩২ ॥ মতমতুদা মহাপ্রভুনা পুকনিংদা য়াথল অমা তৌরকলে। পালা মরিগী ঈশৈ শকপশিংদো য়েম্থোক্লরে ॥৩৩॥ শ্রী-নিত্যানন্দ, অদ্বৈত হরিদাস, বক্রেশ্বর কৌবা। মথোয় মরিদা জগোই শাও হায়না য়াথং পীবিরে ॥৩৪॥ অহানবা পালাদা স্বরূপনা ঈশৈ হল্লকলে। অতোপপ মগানা থোন পাংউ পীবিরে ॥ ৩৫ ॥ দামোদর, নারায়ণ, গোবিন্দ দত্ত। রাঘবপণ্ডিত অমদি শ্রীগোবিন্দানন্দ মগাসিনি ॥ ৩৬ ॥ মতুদা অদ্বৈত আচার্য্যবু জগোই শাহল্লে। অতোপপগী পালাগী শ্রীবাসনা ঈশৈ হল্লে ॥৩৭ ॥ গঙ্গাদাস, হরিদাস শ্রীমান্, শুভ নন্দ। শ্রীরাম পণ্ডিত মগাসি থোন পাংবনি মতুদা নিত্যানন্দনা জগোই শাই ॥৩৮ পালাংতুদা বাসুদেব, গোপীনাথ, মুরারিনা থোন পাংবা। অতোপ্পা অহুমশুবা পালাসিদা মুকুন্দনা ঈশৈ হল্লে ।৩৯॥ শ্রীকান্ত, বল্লভসেন, অতোপ্পা অনিসিসু থোন পাংবনি। অহুমশুবসিদা হরিদাস ঠাকুরনা জগোই শাহল্লে ॥৪০॥ অতোপপা মরিশুবা পালাদা গোবিন্দঘোষনা ঈশৈ হল্লে হরিদাস, বিষ্ণুদাস রাঘবন, মতুদা থোন পাংলি ॥ ৪১ ॥ মাধব, বাসুদেব অতোপপা মচিন মনাওসিসু থোন পাংবনি। পালা অতুদা বক্রেশ্বর পণ্ডিতনা জগোই শাহল্লে ॥৪২॥ কুলীনগ্রামগী ময়াম শকুবগী পালা অমা, মতুদা রামানন্দ সত্যরাজ থাম্না জগোই শাহল্লে ॥ ৪৩ ॥ শান্তিপুর আচার্য্যগী পালা অমা, ময়ামনা থোন পাংই। অচ্যুতানন্দনা জগোই শাই, মতুদা অতোপ্পা ময়াম্না শকই ॥৪৪॥ খণ্ডগী অতোপ্পা সঙ্কির্ত্তনগী পালা অমা। নরহরিনা জগোই শাই মতুদা শ্রীরঘুনন্দনা ঈশৈ হল্লে ॥৪৫॥ শ্রীজগন্নাথগী মাংদা পাল মরিনা ঈশৈ শকই। মাকন অনিদা পালা অনিনা, তুংদা পালা

মুকুন্দদেববাক্যম—

জয়তি জয়তি দেবো দেবকীনন্দনোঽসৌ জয়তি জয়তি কৃষ্ণো বৃষ্ণিবংশপ্রদীপঃ।
জয়তি জয়তি মেঘশ্যামলঃ কোমলাঙ্গো জয়তি জয়তি পৃথ্বীভারনাশো মুকুন্দঃ ॥৩॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৯০ অঃ ২৪ শ্লোকঃ।

জয়তি জননিবাসো দেবকী জন্মবাদো যদুবরপরিষৎ স্বৈর্দোর্ভিরস্যন্নধর্ম্মম্।
স্থিরচরবৃজিনঘ্নঃ সুস্মিতশ্রীমুখেন ব্রজপুরবনিতানাং বর্দ্ধয়ন্ কামদেবম্ ॥৪॥

অন্বয়ঃ।—অসৌ—অসিগুম্বা, দেবকীনন্দনঃ—দেবকীগী মচা, দেবঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, জয়তি জয়তি—জয় ওইরি জয় ওইরি, বৃষ্ণিবংশপ্রদীপঃ—যদু শাগেগী থাংমৈ ওইবা, কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণনা, জয়তি জয়তি—জয় ওইরি জয় ওইরি, পৃথ্বীভারনাশঃ—পৃথিবীগী অরুম্বা মাংহনবা, মুকুন্দঃ—অরানবা পিবা শ্রীকৃষ্ণনা, জয়তি জয়তি—জয় ওইরি জয় ওইরি। ইতি ॥৩॥

অন্বয়।—জননিবাসঃ—মীগী মরক্তা লৈবা, দেবকী জন্মবাদঃ—দেবকীনা পোকই হায়বা, যদুবর পরিষৎ—অথোইবা যাদবশিংনা মাগী সভা ওইবা, স্বৈঃ—মাগী ওইবশিংনা, দোর্ভিঃ—পাম্বোম অনি ওই-দুনা, অধর্ম্ম—লমচৎ নাইদবশিংবু, অস্যন্—মাংহনবা, স্থিরচরবৃজিনঘ্নঃ—চত্রবা অচংপা জীবশিংগী পাপ কোকহনবা, সুস্মিত শ্রীমুখেন্—মোমোন নোকপনা, ব্রজপুরবনিতানাং—ব্রজ অমসুং পুরগী ইবেম্মশিংগী, কামদেবং—থোইদোকপা মুংশিববু, বর্দ্ধয়ন্—চাওখৎহন্দুনা, জয়তি—জয় ওইরি। ইতি ॥৪॥

হায়রি ॥৬৬॥ মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা জগোইদা স্নুইঙারি। প্রেমগী ইথক্তা অয়াম্বা মীশিংবু লোই-না তাওহল্লি ॥৬৭॥ মতৌ অসুম্না জগন্নাথকৃষ্ণনা কাংদা তোংলবদা। মাগী মাংদা ভক্তশিংগা লোয়নননা প্রভুনা জগোই শাই ॥৬৮॥ শ্রীজগন্নাথগী গুণ্ডিচা মন্দিরদা লেংবদি কোম্না তাও। মাগী মাংদা অসুম্না প্রভুনা জগোই শাবদো হায়খিগে ॥৬৯॥ মতৌ অসুম্না প্রভুনা মিংকুপ কয়ামক্কম কীর্ত্তনবু হৌরে। মানা থৌরাংদুনা ভক্তশিংবু জগোই শাহল্লবদা ॥৭০॥ মতমত্তুদা প্রভুগী পুক্নিং-দা মা জগোই শাগে নিংলে। মতমদুদা পালা অরেংমকপু অমত্তা ওইনা পুনসিনহল্লে ॥ ৭১ ॥ শ্রীবাস, রামাই, রঘু, গোবিন্দ মুকুন্দ। হরিদাস গোবিন্দানন্দ, মাধব, গোবিন্দ ॥৭২॥ প্রভুগী উদ্দণ্ড হায়বা জগোইবু শাগে নিংলবা মতমদা। স্বরূপকা পুনসিনহন্দুনা ॥৭৩॥ অসিগুম্বা তরানি প্রভুগী থোগন্দুনা ঈশৈ শকই। অতোপ্পা পালা মাইকৈ মরিদা কোইদুনা ঈশৈবু খুম্মী ॥৭৪॥ শ্রীজগন্নাথদা দণ্ডবৎ তৌরগা প্রভুনা খুৎ অনি লোম্নদুনা। জগন্নাথদা মাই থাগদুনা য়েংলগা হায়জরকলে ॥৭৫॥

অনুবাদঃ—বেদবু থংবশিংগী থোগলকম ওইবা মন ব্রাহ্মণগী ফহন্বা জগৎকী ফহন্বা, শ্রীগোবিন্দগীদমক শ্রীকৃষ্ণগীদমক হয়না হয়না থুরুমজে ইতি ॥ ২ ॥

অনুবাদঃ—অসিগুম্বা দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি, যদু শাগেগী থাংমৈ ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি জয় ওইরি; পৃথিবীগী অরুম্বা মাংহনবা অরানবা পিবা শ্রীকৃষ্ণনা জয় ওইরি জয় ওইরি ইতি ॥ ৩ ॥

অনুবাদঃ—মীগী মরক্তা লৈবা দেবকীনা পোকই হায়বা অথোইবা যাদবশিংনা মাগী সভা

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮২ অঃ ৩৫ শ্লোকঃ।

আহুশ্চ তে নলিননাভ-পদারবিন্দম্, যোগেশ্বরৈর্হৃদি বিচিন্ত্যমগাধবোধৈঃ।
সংসারকূপপতিতোত্তরণাবলম্বম্, গেহং জুষামপি মনস্যুদিয়াৎ সদা নঃ ॥৬॥

[illegible] গৌরনা য়াম্না পাঙলবনা তোংই ॥ ১১৪ ॥ অদোমাই শানা শানা প্রভুগী পুকচেল্দো চংশিল্লক্লে। খুং থাঙংতুনা স্বর য়াংনা প্রভুনা শ্লোক খিরকলে ॥ ১১৫ ॥

৬ শ্লোকী মঃ ১১৬ শুবদা য়েংউ।

শ্লোক অসি মহাপ্রভুনা হল্লা হল্লা খিরকই। স্বরূপ নত্তনা কনানা শ্লোকী অর্থবু খংদে ॥ ১১৬ ॥ শ্লোক অসিগী অর্থ য়াম্না শিংথাববু তৌখ্রবনি। কনানা খংদে হায়বা শ্লোকী অচেৎপা অর্থদো স্বপনা শিংথাগে ॥১১৭॥ দ্বাপরদা অহুম্না কুরুক্ষেত্রদা অয়াম্বা গোপীশিংনা। শ্রীকৃষ্ণগী দর্শন কংবদা পুকনিংনা সুংঙাইখিবা ॥১১৮॥ শ্রীজগন্নাথবু উবদা প্রভুগী অদুগী পুকচেল্দো ওইথোক্লক্লে। অদুগুম্বা পুকচেলদো চংদুনা ঈশৈবু শকহল্লিবনি ॥১১৯॥ উন্নথবগী মথৈদা শ্রীরাধানা কৃষ্ণদা রা হায়জববু—তৌরক্লে। অদুগুম্বা নংগা, অদুগুম্বী ঐগ', মৌনা অহানবদা তিন্নবদো মসিনি ॥১২০॥ ওইদুনমকপু ঐগী পুকনিংবু শ্রীবৃন্দাবন্না চুখরে। শ্রীবৃন্দাবন্দা নংগী শ্রীচরন্না থোকপিরো ॥ ১২১ ॥ মসিদা মীয়ামগী মরক্তনি শাম্ন, শগোল, দোলাই থিবিরা নিঙ্গি। শ্রীবৃন্দাবন্দা লৈগী বন্দা থোইমু, কোকিল শিংনা থোংবতা তাই ॥১২২॥ মসিদা নিংথৌগী ফিসেৎনি অয়াম্বা ক্ষেত্রিশিংনা থৌগল্লি। বৃন্দাবন্দি গোপশিংগা লোয়নৈ গোপগী ফিজেংনি মুরলী খোংই ॥১২৩ ব্রজদা নংগী থৌগনবগী অদুগুম্বা সুংঙাইবা রসবু চাবা। অদুগুম্বা সুংঙাইবগী সমুদ্রগী মরিক অমবু মসিদা ওইদে ॥১২৪॥ ঐবু পুবিদুনা অমুক হল্লা শ্রীবৃন্দাবন্দা শান্নবিয়ু। মতমদুদা ঐগী পুক্লিংগী অপাম্বা থুংজবা ওইগনি। ১২৫॥ অদুম্না শ্রীরাধিকাগী য়াংংসি শ্রীভাগবত্তা লৈ। হায়া মতুবু স্বত্রগী মনুংদা শিংথাগ্রবনি ॥১২৬। অদুগুম্বা পুকচেল্দা চংদুনা অদুগুম্বা শ্লোক্তা খিরক্লে। শ্লোকী অদুগুম্বা অচেৎপা অর্থদো কনাগুম্বা মীশিংনা খংদে ॥ ১২৭ ॥ স্বরূপ গোসাঞিনা খংই মানা শ্লোকী অর্থবু হায়রমদে। শ্রীরূপগোসাঞিনা অদুগুম্বা অচেৎপা অর্থবু সনতোক্লম্মী ॥ ১২৮ ॥ প্রভুনা স্বরূপকা লোয়নদুনা শ্লোকী অচেৎপা অর্থবু চানিরৈ। জগোহগী মরক্তা অদুগুম্বা শ্লোক্তো—প্রভুনা খিরকলে। ১২৯॥

৭ শ্লোকী মঃ ২।৮ শুবা শ্লোক্তা য়েংউ।

[ শ্লোকী অচেৎপা অর্থ ] শ্রীরাধানা— অতোপ্পগী থমোইনা পুক্লিংনি, "শ্রীবৃন্দাবন্না" ঐগী পুক্লিংনি। রাধা ঐগী পুকনিংগা শ্রীবৃন্দাবনগা অমতনি থংলি। মহুদা নংগী চরণ অনিনা মতমদুদা থোকপবু—তৌবিউ, মতমদুদা নংগী খোজান্না মপুং ফারে নিংগনি ॥ ১৩০ ॥ থন্নাইগী মপু তাবিয়ু! ঐগী অরেপপা রা হায়জনিবনি। ব্রজনা ঐগী ইন্নুমনি, মহুদা নংগী তিন্নজববু, কংদ্রবদা লৈররোই পুনসিংনা। ধ্রু ॥১৩১॥ মমাংগৈদদি উদ্ধবনা যোগ ওইবনি, ঐগা হৌজিক্তি হাকথেলেররে, যোগ জ্ঞানগী থৌরাংউ হান্নখিবদো। নংনা শান্নৈবনি খোজানগী মশকনি, থংলিবনি ঐগী থমোইবু ঐওোন্দা অহুম্না হায়বদা মস্তিক ওক্লে ॥১৩২। ঐগী পুকনিংবু নগোন্দগী মুক্তোক্তে সংসার বিষয়দা তিলহনুথে নিংই, চেক্‌শিন্না তৌবা মুক্তোকপা ওমক্লে। নগোন্দা যোগ [illegible]

তাকপদো, মীশিংনা মোরুহন্দুনা হাৎলগেরা, মকম্নি মকম নত্তে রাখল তৌদবরা ॥ ১৩৩ ॥ যোগেশ্বর নত্তে গোপীনি, নংগী থোং থম্বালদো, মংনা পেনবীনবতা নিংজবীনি। নংগী রাডাংদো ফজখ্রে, মহুগী মরক্তা খোইবিবদো, তাবদা গোপীগী অমুক হন্না শাওবা হেনখ্রে ॥ ১৩৪ ॥ অসিগুম্বা হকচাংগী নিংশিংদে, অদুগুম্বা সংসাবগী শুংগদো কদাইদনো। মহুদগী লাঙ্গননবগীদমক গোপীনা নিংদে। কাইনবা সমুদ্রগী ঈশিংদা, কান্না লাইরেন ওইদুনা য়োংলে, মহুদগী লোথোকলগা গোপীশিংবু লাম্থোকপিয় ॥১৩৫॥ শ্রীবৃন্দাবন গোবর্দ্ধন যমুনা, মপানগী, বন্দা, অদুগুম্বা কুঞ্জদা রাসনচিংবা শান্নবা। অদুগুম্বা ব্রজ ব্রজদা লৈবা মীশিং নমা-নপা মরুপশিংবু, করম্না কাওরিবনো য়াম্না অওকপনি? ॥ ১৩৬ ॥ শান্নহৈবা, মেংবা, অবেপ্পা গুণ, লমচৎ ফজবা, লুবা, চান্নহৈবা, নংনি, নংগী মতিক চাদবা অকাযবা লৈতে; মতমতুদা অদুগুম্বা নংগী পুক্রিংনা ব্রজগী মীশিংবু নিশিংত্রে মদো ঐখোযগী নোংদমথিবনি ॥১৩৭॥ ঈশাগী অন্নাবদি থনখিদবে, শ্রীযশোদাগী মাইথোং উবদা, ব্রজদা লৈবশিংগী থমোই কাইখ্রে। করিনো ব্রজদা লৈবশিং হাৎলো, করিনো ব্রজদা লাক্কুনা হিংহল্লো, নত্তনা অন্নাবা থংনবগীদমক্তা করিগী হিংহল্লিবা ? ॥১৩৮॥ অদুগুম্বা নংগী নশাদা ফিজেৎতোপ্পে, অতোপ্পগা তিন্নরে অতোপপা দেশদা লৈরে, করিগুম্বা ব্রজবাসিবু (ব্রজদা লৈবশিংবু) পাম্বিত্রে। ব্রজ লৈপাকপু থাদোকচবা ওমত্রে, নংবু উত্রবদা শিগদোরে, ব্রজদা লৈবাশিংগী থৌরাং করিনা ওইগনি ? ॥১৩৯॥ নংনা ব্রজগী পুনসিনি, নংনা ব্রজগী ইরন্নি থন্নাইনি, নংনা ব্রজগী জন্ পুন্নমক্তী মশাক্নি। খোজান হৈবনা লোখনবা নংগী পুক্রিংনি, লাক্কুনা ব্রজদা লৈবশিংবু হিংহল্লু। নংগী চরন্না ব্রজদা খোকপবু তৌবিয়ু ফংহল্লু ? ॥ ১৪০ ॥ শ্রীরাধাগী ৱাহৈদো ভাবতনা, ব্রজগী মুংশিবদো পুক্রিন্না নিংশিংলে, থন্নুবদা পুক্রিংনা অন্নাবা ওইরে। ব্রজদা লৈবশিংগী মুংশিববু তাবদা, কৃষ্ণনা লমচৎ তোল্লবনি খঙ্গুল্লা, শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাবু থেমজিল্লি ॥১৪ ॥ ("শ্রীকৃষ্ণনা খুম্বা" ) থরাইগী চান্নবী ! ভাও ঐগী অবেপ্পা রাহৈসি ! নখোয পুন্নমক্তী নিংশিংবদা ঐনা অহিং মুংথিন্দা চাকলি, ঐগী অন্নাবসিবু কনাগুম্বা মীনা খংদে ॥ ধ্রু ॥ ৪১॥ ব্রজদা লৈবা অয়াম্বা মীশিংনা, ইন্না-ইপা ইতাওশিং, পুন্নমক্তা ঐগী থরাইগা মান্নে। মহুগী মরক্তগী গোপীশিংনা, সংসংবা ঐগী পুন্সিনি, রাধা নংনা ঐগী পুন্সিগী পুনসিনি ॥১৪৩॥ নখোয় পুন্নমক্তী মুংশিবগী পেনবনা, ঐবু খুত্নম চনখরে, ঐনা লেপ্পা নংগী নখা পোল্লবনি। নখোয় পুন্নমকপু থাদোকহন্নগা, ঐবু অরাপ্পা দেশদা পুরক্কুনা, পাঙ্গন্নবা নোংদমথিবনা থম্মরবনি ॥১৪৪॥ চান্নবীনা চান্নবগা তিন্নত্রবদা, চান্নবনা চান্নবীগা তিন্নত্রবদা, হিংত্রে হায়বসি লেপ্পা খংনরিবনি। ঐগী অন্নাববু তাবদ, মাগী অসিগুম্বা অন্নাবসি ওইগনি। অদুন্না কীনবনা অনিমক্তা থরাই হিংনেরি ॥ ১৪৫ ॥ অদুগুম্বী মুংশিবনা তিল্লবী সতী ওইবী মুপীনা, মুংসিরবা অদুগুম্বা মাগী মপুদো, কাইনরবদা অদুগুম্বা চান্নবীদুগী ফনবতা পাম্মী। মশাগী অন্নাববু থংদে, চান্নবা মপুদুগী মুংঙাইববু পাম্মী অসিগুম্বা অনিদো খিন্দনা তিমৈ ॥১৪৬॥ হে প্রিয়ে !— নংগী পুনসিবু ভাক্কে, হায়বগীদমক্তা, ঐনা শ্রীনারায়ণবু সেবা তৌই, মাগী পাঙ্গন্না মুমিৎ খুদিংগী লাক্কুনা। নংগা লোয়নহল্লা শান্নৈ, নিজিগী যদুপুরদা হল্লি, মহুদা নংনা ঐগী "কাওরিবনি নিত্তি" ॥১৪৭॥ ঐগী লাইবক-

তথাহি । শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ৮২ অং ৩১ শ্লোকঃ ।

যাঁরি ভাঁতিহি কুন্তালাময়ূতবায় কয়তে । দিষ্ট্যা বতাসীজ্জগন্মেহে; ভবতীনাং মদাপহঃ ॥৩১

কন্বা শ্রীকৃষ্ণ ঐনী মরিনা, অতগুম্বা মুংশিবমা লংখোইবগী ওইবনি, অদুগুম্বা মুংশিমদো থোই-দোক্না পাজনি । থংহনবা ঐবু পুহনা, মংগা লোইনবা তিন্নহল্লি ঐবু-প্রেমহুনা থুনা পুরক্লগনি অদুক্কি বৃন্দাবন্দা কোংতোকৃলগনি ॥১৪৮॥ যাদব-শিংগী য়েক্কবা অয়াম্বা ক্তত্রবা কংসগী মিচংনি, মহু পুম্নমক্তা ঐনা লোইনা মাংহলবনি । মথোই অনি মরিদং লৈরী, মক্তবু হাংলগা বৃন্দাবন্দা ঐনা লাকলগনি লেপ্পা থংলো ॥১৪৯॥ অদুগুম্বা য়েক্কবশিংদগী, ব্রজদা লৈবশিংবু ভার্কবগীদমক্তা, পুক্নিং ককপা ওইহুনা লৈপাকসিদা ঐনা লৈবনি । অমদি অদুগুম্বা মুপী-ইচা ইবম্না মপান্দা কোই-সিনবনি, ঐনা যংশিংগী পেন্নবা লোইনবনি ॥১৫০॥ অদুগুম্বা নংগী মুংশিবগী মগুম্না ঐবু চিংহুনা, মুমিং তরানি কুম্নিদা ঐবু পুরক্নি । অমুক হন্না লাকুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা, ব্রজগী মো অংগা লোয়ননা অহিং মুংথিন্দা শান্নর-রগনি ॥১৫১॥ শ্রীরাধাদা অসি হায়রগা শ্রীকৃষ্ণনা, ব্রজদা চংকদবদা থোরাংলে, শ্রীকৃষ্ণনা শ্লোক অমা থিগুনা তাহল্লকই । অদুগুম্বা শ্লোকতো ভাবদা য়'থানা, অপনবা পুম্নমক ককৃথংলে, শ্রীবৃন্দাবন শ্রীকৃষ্ণবু ফংজরে হবাওই ॥ ১৫২ ॥

৮০. শ্লোকী আঃ ৪ । ৩ গুবা শ্লোকতা য়েংউ

অসিগুম্বা অংতেংপা অর্থবু প্রভুনা স্বরূপকা লোইননা, অহিং মুংথিন্দা যুমদা কমহুনা চাম্নিমে ॥১৫৩॥ জগোইগী মতমদা অসিগুম্বা পুকচেন্দা চংবা ওইদুনা । প্রভুনা শ্রীজগন্নাথগী মাইথোং য়েংহুনা শ্লোক থিগুনা জগোই শাই ॥১৫৪॥ স্বরূপকী ..... ..... শিংখো..... ওমলরোই । প্রভুনা ..... ..... পুন্নমক্তা চংলি ॥১৫৫॥ স্বরূপকী ইঙ্গিতদা প্রভুগী ইঙ্গিতশিংদা চংলি । চংসিন্নগা প্রভুনা কৈশেগী মগমবু তুপালি ॥ ১৫৬ ॥ শ্রীরাধাগী পুকচেন্দা চংহুনা প্রভুনা করিগুম্বদা লৈবাক্তা কমহুনা । লু-লুকৃথমহুনা খুদোনবীমা লৈবাক্তা হৌরি ॥১৫৭॥ খুদোনবী তুমলগনি থংহুনা স্বরূপদমোদননা । কিন্নহুনা প্রভুগী খুংগু মাগী খুংনা ফাহুনা থাম্মী ॥১৫৮॥ প্রভুগী পুকচেনগী মথকপু স্বরূপনা কৈশে ওইনা শকই । মতমহুদা অদুগুম্বা রসদো মহুদা মথকমক পান্নে ॥১৫৯॥ শ্রীজগন্নাথগী সিংথিবা মাইথোং থম্বালবু উবদা । মহুগী মথক্তা নিং-থিরবা মিৎ অনিনা ফজবা ॥ ৬০ ॥ মুমিংকী মত্তান্দা মাই-থোংনা ভকুপ তরেংঙি । লৈপাক্নেং ফি-লৈত্তেং-মক্তুবা-লুরবা, মনম মুংশিবা চন্দন । ।১৬১॥ শ্রীজগন্নাথগী মাইথোং থাদা, প্রভুগী থমোইগী মুংভাইবা সমুদ্রনা ইহৌরে । মক্লাই কাকনা নোংলৈ-মুংশিং ওইহুনা খুংথক অদুনা হৌরকলে ॥১৬২॥ মুংভাইব মরাইকাবা নোংলৈনা পুকচেনগী ইথক হৌহল্লে । অমাম্বা পুকচেম লান-মীশিংনা হৌগংতুনা হারাওনা লাল থেংনরে ॥১৬৩॥ পুকচেন থোকপা,-পুকচেন ভপথবা,-তিনবা হেনগংনবা । হেজিনব',- ফিবম, - পুম্নমক্কী পাঙ্গলবশিংনি ॥১৬৪॥ প্রভুগী হকচাংনা সনাগী চিংগা ওইবগুম্না ফজরে । শ্রীকৃষ্ণ মুংশিবা অমাম্বা পুকচেন, লৈপান পুম্নমক্তা মহুদা শাংলে ॥১৬৫॥ য়েজবহুনা মীয়ামগী পুক্নিং লোনশিংবু, তিনিংনক্লে । প্রেম অমৃতবু প্রভুনা চুথহুনা অমাম্বা মীশিংদা থিকশিন্নে ॥১৬৬॥ শ্রীজগন্নাথগী সেবক, ..... নিংথৌগী পাত্রশিংনা । ..... ..... ..... নীলাচলদা লৈবশিংনা ॥১৬৭॥ প্রভুগী .....

শারকপা জগোই উবদা অন্তকপা ওইরুনা। পুন্নমক্তা থমোইদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমনা হৌগৎলুনা পুন্নহল্লে ॥১৬৮॥ সুংশিবত্তনা জগোই-দা শৈ থকপা মীয়ামনা নিন্ থোংথরে। প্রভুগী জগোই উবদা পুন্নমক্তা সুংভাইবনা ওকলে ॥১৬৯॥ অতোপ্পগী রাদি লৈথিসন্থ, জগন্নাথ হলধর কাওবা। প্রভুগী জগোই হেংহুনা সুংভাইনা তপনা লেপলি ॥১৭০॥ করিগুম্বদা জগোইগী সুংভাইবদা হরাওহুনা কাংবু লেপলি। অদুগুম্বা সুংভাইনা মানা হরাওবা উবা মাত্তনা মাগী খুদমনি ॥১৭১॥ মতৌ অসুম্না প্রভুনা জগোই শানা পুন্নমক্ শুমহৎলগা। প্রতাপরুদ্রগী মা'দা প্রভুনা তুথরক্রে ॥১৭২॥ তকুপ তরাংনা প্রতাপরুদ্রনা প্রভুবু কোন্নুনা ফাই। মহাকপু উবদা প্রভুগী মপানগী লৌশিং লাকলে ॥১৭৩॥ নিং'থৌবু উবদা মহাপ্রভুনা মশাবু তোলহল্লকই। মাংলে — মাংলে ঐবু বিষয় কর্ম্মচারীনা শোকলে ॥১৭৪॥ জগোইদা চংহুনা নিত্যানন্দসু পুক্নিং তপথখিদরে। কাশীশ্বর - গোবিন্দসু অতোপ্পা মফমদা লৈথবে ॥১৭৫॥ তোইগুম্বসুং নিং'থৌনা অতোনবগী সেবাবু উবদা তিন্নবীরগে পুক্নিংনা নিংহুনা নিং'থৌদা পেনবিরবনি থোজানবনি ॥১৭৬॥ ওইনমকপু মনাইশিংগী মতোপ্লোয়া খংনবগী। প্রভুনা মপান্দা খজিত্তং অশাওববু খংহল্লকই ॥১৭৭॥ প্রভুগী রা'হৈনা নিংথৌগী পুক্নিংদা কিথবে। সার্ব্বভৌমনা হায় নংনা চিংনরুগনু ॥১৭৮॥ নংগী নথক্তা প্রভুগী পুকনিংনা পেনবিহুনা লৈরে। নংনা খুদম ওইহুনা মনাইশিংবু তম্বিবনি ॥১৭৯॥ তাপ্তা খংনা ঐনা রা মরোন হায়রবু তৌরকনি। মতম অদুদা চংলুনা প্রভুগা তিন্নববু তৌকো ॥১৮০॥ মতম অদুদা মহাপ্রভুনা কাংবু এং-ওইনরগা। কাংগী মতুং রা চংলুনা কোক্না কাংদা রাইরগা। ইল্লি ॥৮১॥

প্রভুনা ইনবদা কাংদো গড়-গড় লাওনা চেল্লে। মাইংকৈ মরিমক্তা মীয়াম্না হরি হরি লাওথংলকলে ॥১৮২॥ মতমদুদা প্রভুনা মাগী লোয়নবিবা মনাইশিংগা পুন্না। বলদেব-সুভদ্রাগী মাংদা হরাওনা জগোই শারি ॥১৮৩॥ মতুদা জগোই শাহুনা জগন্নাথগী মাংদা লাকুম্না। জগন্নাথবু হেংহুনা জগোইবু শাবা হৌরকলে ॥১৮৪॥ নীলাচল,—সুন্দরাচল, অনিগী ময়াইদা লৈবা, বলগণ্ডিদা কাং চৎলুনা থুংলরে। কাং অদম থাম্লুনা লেপল্লে প্রভুনা ওইদা হেক্তা হেংথোকপদা ॥১৮৫॥ ওইদা বিপ্রশাসন কৌবা খুবিগী বন লৈ। হেক্তা লৈগী বনা শ্রীবৃন্দাবনগুম্ব ফজনা লৈ ॥১৮৬॥ মাংদা ভক্তশিংবু পুহুনা গৌরনা জগোই শাই। কাংবু থামশ্রবদা শ্রীজগন্নাথবু দর্শন তৌই ॥১৮৭॥ মফম অদুদা অচাঅথকপু কংপা মিয়াম্না লৈরে। অচাঅথক শ্রীজগন্নাথনা হারিবা কোটিনি ॥১৮৮॥ মফমদুদা জগন্নাথগী অয়াম্বা অ'চৌ-পীথক মনাইশিংনা। থোইদোক্না মাগী মাগী অচাঅথকপু জগন্নাথদা কংলি ॥ ১৮৯ ॥ নিং'থৌ মহারানীগী মপৈ পাত্র মিত্র (অতম অথৌ) শিংনা। ফেক্মদা লৈবশিং অয়াম্বা অচৌ পীথক মীয়াম্না ॥১৯০॥ অয়াম্বা দেশগী যাত্রিক লাকপা অয়াম্বা মীশিংনা। মাগী মাগী অচাঅথক মতুদা লোইনা কংলিবনি ॥১৯১॥ বালভোক কংপা মতমদা মীয়াম্না য়াম্না চিনথরে। জগোই থাদোক্লুনা মহাপ্রভুনা উপবন্দা চংথরে ॥১৯২॥ প্রেমদা চংলুনা মহাপ্রভুনা উপবন্দা চংথরে ॥১৯২॥ প্রেমদা চংলুনা মহাপ্রভুনা উপবন্দা চংতুনা। প্রেমনা ভান মাংহুনা লৈগী বন্দা মুমফমগী মথক্তা তারহুনা লৈরে ॥১৯৪॥ জগোইদা রাবনা প্রভুগী হকচাংদা হুম্না'না ফুইনা শোরে। ইংলবা মরম সু'শিবা সুংশিংনা সেবাবু তৌরে ॥১৯৫॥

তথাহি স্তব মালায়াং সপ্তমশ্লোকঃ।

রথারূঢ়স্যারাদধিপদবি নীলাচলপতেরদভ্রপ্রেমোর্ম্মিস্ফুরিতনটনোল্লাসবিবশঃ।
সহর্ষং গায়দ্ভিঃ পরিবৃতনুর্বৈষ্ণবজনৈঃ স চৈতন্য কিং মে পুনরপি দৃশোর্যাস্যতি পদম্ ॥৯॥

**অন্বয়ঃ** ।—রথারূঢ়স্য — কাং তোংলবা, নীলাচলপতেঃ — শ্রীজগন্নাথগী, আরাং — নাক্তা, অধিপদবি — অচোবা লম্বীদা, অদভ্র প্রেমোর্ম্মি স্ফুরিতনটনোল্লাসবিবশঃ — থোইদোকপা প্রেমগী ইথকুনা ফাওরকপা জগোইগী ফুংডাইবনা খুত্থমচনবা ভমজ্রবা, সহর্ষং — হবাওবগা লোইননা, গায়দ্ভিঃ — ঈশৈ শকলিবা, বৈষ্ণব জনৈঃ — বৈষ্ণবশিংনা, পবিবৃত তনুঃ — হকচাংবু কোইসিল্লবা, সঃ — অদুগুম্বা, চৈতন্যঃ —শ্রীচৈতন্যনা, পুনরপি — অমুক হন্না, কিং — করিনো, মে — ঐগী, দৃশোঃ — মিৎ অনিগী, পদং — উকমদা, যাস্যতি — ফংথিগদব্রা, ইতি ॥৯॥

অয়াম্বা ঈশৈ শকপশিংনা লাক্লুনা পোংথাররে। উগী মথোং খুদিংদা পুন্নমক্না পোংথাররি ।।১৯৬।। প্রভুগী মহাসঙ্কীর্ত্তনবু অম্নমনা হায়রবসিনি। শ্রীজগন্নাথগী কাংগী মাংদা অহুম্না জগোইবু শাই ॥১৯৭॥ কাংগী মাংদা মহাপ্রভুগী জগোইগী ম্বারমবু। চৈতন্যষ্টক্তা শ্রীরূপ গোসাঞিনা শিংথাববু তৌখ্রে ।।১৯৮।।

**অনুবাদ** :— শ্রীরূপনা, কাং তোংলবা শ্রীজগন্নাথগী নাক্তা অচোবা লম্বীদা, থোইদোকপা প্রেমগী ইথক্না ফাওরকপা জগোই শাবগী ফুংডাইবনা খুত্থম চনবা ভমজ্রবা, হরাওবগা লোইননা ঈশৈ শকলবা বৈষ্ণবশিংনা কোইসিল্লবা, হকচাংনি অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা, কবিনো ঐগী মিৎ অনিগী উফমদা ফংওকথিগদরা ইতি ॥৯॥

মসিনা মীহুনা গৌরচন্দ্রবু ফংডি। হায়বাসি চেংনা থাজরগা প্রেম লোয়নবা ভক্তিনা ওইগনি ।।১৯৯। শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা থুরুমজহুনা। শ্রীচৈতন্যগী অরেপ্পা লমচৎপু কৃষ্ণদাসনা হায়রিজে ।।২০০।। ইতি

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত মধ্যখণ্ডদা কাংগী মাংদা প্রভুনা জগোই শাবা
হায়বা তরাহুমদোই শুবা পরিচ্ছেদনি।

# চতুর্দ্দশ পরিচ্ছেদ

গৌরঃ পশ্চাদাত্মবৃন্দৈঃ শ্রীলক্ষ্মীবিজয়োৎসবম্। শ্রুত্বা গোপীরসোল্লাসং হৃষ্টঃ প্রেম্ণা ননর্ত্ত সঃ ॥১॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কং ৩১ অং ৯ম শ্লোকঃ।

তব কথামৃতং তপ্তজীবনং কবিভিরীড়িতং কল্মষাপহম্।
শ্রবণমঙ্গলং শ্রীমদাততং ভুবি গৃণন্তি যে ভূরিদা জনাঃ ॥২॥

অন্বয়ঃ।— সঃ — অদুগুম্বা, গৌরঃ — শ্রীগৌরাঙ্গনা, আত্মবৃন্দৈঃ — মনাইশিংগা লোইননা, শ্রীলক্ষ্মী বিজয়োৎসবং — শ্রীলক্ষ্মীগী বিজয় উৎসব — হোরাপঞ্চমীবু, পশ্চাৎ — য়েংদুনা. গোপীরসোল্লাসং — গোপীগী রসদা থোইদোক্না কৃষ্ণনা মুংডাইববু, শ্রুত্বা — তারদুনা, হৃষ্টঃ — হরাওবা, প্রেম্ণা — প্রেম্না, ননর্ত্ত — জগোই শাখি ইতি ॥ ১ ॥

অন্বয় ।— তপ্তজীবনং — চাকলবশিংগী হিংনবা ওইবা, কবিভিঃ — কবিশিংনা, ঈড়িতং — হায়জনরবা, কল্মষাপহং — কন্তববু মাংহনবা, শ্রবন মঙ্গলং — তাবদা ফহনবা, শ্রীমৎ — প্রেম রসনা, আততং — সিনবা থুংবা, তব — নংগী, কথামৃতং — ৱাহৈ অমৃতবু, গৃণন্তি — লৌরিবা, জেনা — মাশিংদুনা, ভুরিদাঃ — পুন্নমকপু পীনহৈবনি ইতি ॥ ২ ॥

অনুবাদঃ।— অদুগুম্বা শ্রীগৌরাঙ্গনা মনাইশিংগা লোইননা শ্রীলক্ষ্মী বিজয় উৎসব — হোরাপঞ্চমীবু য়েংদুনা গোপীগী রসদা শ্রীকৃষ্ণনা মুংডাইববু তারদুনা, হরাওনা প্রেমতনা জগোই শাখি ইতি ॥ ১ ॥

শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য গৌরচন্দ্রবু হন্না হন্না খুরুমজে। শ্রীনিত্যানন্দবু হন্না হন্না খুরুমজে শ্রীঅদ্বৈতধন্যবু খুরুমজে ॥১॥ শ্রীবাসনচিংবা গৌরভক্তশিংবু হন্না হন্না খুরুমজৈ। শ্রীগৌরাঙ্গনা মথোয়গী থরাইগী মন ওইবা তারিবশিংবু খুরুমজে ॥২॥ মতৌ অমুন্না প্রভুনা প্রেমদা চংদুনা বন্দা লৈ। মতম অমুদা প্রতাপরুদ্রনা বন্দা চংসিল্লকলে ॥ ৩ ॥ সার্বভৌমনা তাকপদগী নিংথৌগী কিজেং থাদোকখ্রে। "মহোৎসবতা বৈষ্ণবকী কিজেং লেংদুনা প্রভুগী লৈবক্তনা লাকলে ॥ ৪ ॥ মথুং লোল্লদুনা ভক্তশিংদগী য়াবং লোদুনা। কিজবলৈতনা প্রভুগী চরণবু কোন্দুনা তাম্বে ॥ ৫ ॥ প্রভুদি মিংচউইসিন্দুনা প্রেমতন লৈথাক্তা চেপলি। নিংথৌনা প্রভুগী থোংবু চংথোক্না নোইজরদুনা ॥৬॥ রাস লীলাগী শ্লোক থিরদুনা হায়জরকলি। "জয়তি তেঽধিকং" অধ্যায়বু থিববু তৌরকলে ॥৭॥ তারক্ তারকলগা প্রভুগী ওমথৈ নাইদনা পেল্লে। হায়উ হায়উ হায়না হন্না হন্না হায়রকই ॥ ৮ ॥ "তব কথামৃতং" শ্লোকপু নিংথৌনা অহুন্না থিরল্লবদা। প্রভুনা হৌগৎলে প্রেমদা চংদুনা কোনববু পীবীরে ॥ ৯ ॥ নংনা ঐঙোন্দা মমল নাইদবা রত্নবু য়াম্না পীরে। ঐগী করিমু পিনিংঙাই লৈতে কোনববু পীরবনি ॥১০॥ অসি হায়দুনা প্রভুনা শ্লোকশু হন্না হন্না থিরকলে। মপু মনাইগী হকচাং নিকই মিত্তা শিংসিদৈ ॥১১॥

অনুবাদ ঃ— চাকলবশিংগী হিংনবা ওইবা, কবিশিংনা হায়জনরবা, কঙুবদু কোকৃহন্নবা, তাবদা ফঙহন্নবা, প্রেমরসনা সিন্‌থুংবা, নংগী রাহৈ অমৃতবু লৌজরবা মীশিংহুনা পুম্নমকপু পীনহৈবনি ইতি ॥২॥ "পীনহৈবা-পীনহৈবা" হায়হুনা প্রভুনা কোনবিরী। "মসিবু কনা মীনো" মহুদা প্রভুনা খংদে। ॥১২॥ হায়া তৌখিবা সেবা উবদগী মঙোন্দা কৃপাবু পোকলকই। পান্দম্বা নঙুনা থোজাম্‌ভনা মাবু চানবীবে ॥ ১৩ ॥ শ্রীচৈতন্যগী থোজানগী অসিগুম্বা য়াম্না পাক্তদসি য়েংউ। মাগী পান্দম্বা নত্তুনা মহৈ য়ানবমু ভৌহল্লি ॥১৪॥ প্রভুনা হায় নং কনানো ঐগী ফনবা তৌরম্বিবা। খংহৌদনা লাক্কুনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা অমৃতবু পিথকলরীবা ॥১৫॥ নিংথৌনা হায় ঐনা নংগী ননাইগী ননাইনি। ঐবু ননাইগীননাই ওইহনবা মসিনা ঐগী পামজবনি ॥১৬॥ মতমহুদা মহাপ্রভুনা মঙোন্দা তৌবা ভম্ববু উহল্লি। "মসিবু কনাদম্ব হায়কন্থ" প্রভুনা খাম্নী ॥১৭॥ মাবু-নিংথৌনি অসুম্না খংবমু প্রভুনা ফোংখিদে। অয়ামবা থমোইদা লোইনা খংভি প্রভুনা মপান্দদি খংদবনি ॥১৮॥ প্রতাপরুদ্রগী লাইবক ফববু উবদা ভক্তশিংনা। নিংথৌবু থাগৎলি পুম্নমক্কী পুক্নিং মুংভাইরে ॥১৯॥ প্রভুদা দণ্ডবৎ তৌরগা নিংথৌনা মপান্দা চংথোকহুনা। অয়াম্বা ভক্তশিংদা খুং লোম্নহুনা খুকমলগা চংখরে ॥ ২০ ॥ মনাইশিংনা থোগন্দুনা প্রভুনা ইকৌজহুনা কৈরে। বাণীনাথনা প্রসাদি পুহুনা মফম অহুনা লাকুন্দে ॥২১॥ সার্বভৌম রামানন্দনা বাণী [illegible]। নিংথৌনা থারকপা প্রসাদি অদো [illegible] ॥২২॥ অংবোইবা অরোম্বা নাইদবা [illegible] কংশুম্না বালভোগনি প্রসাদিদা। "চাক [illegible] নত্তুরা" সন্দেশনচিংবা পুরকখা [illegible] অবোন্দা লৈরে ॥২৩॥ [illegible] বোং-বুবী। অয়াম্বা [illegible]

মথল অমদি বীজতাল উহৈ ॥২৪॥ ছোলম কৌহৈবী টাবা কমলা বীজপুর কৌবা উহৈনি। বাদাম্নু ছোহরা, হৈজুগা, পিন্দখর্জুর কৌবা উহৈশিংনি ॥২৫॥ পুক্নিং ছুরবা লাজুনচিংবা মথল চামনি। অমৃতগুটিকানচিংবা সন্দেশ ক্ষীরসনা য়ামল্লে ॥২৬॥ অমৃতমণ্ডা ছানা-বড়া অমদি কর্পুরকেলি। রসামৃত রসভাজা অমদি রসপুলি ॥২৭॥ হরিবল্লভ-সেবতী কর্পুর-মালতী কৌবা সন্দেশ। ডালিমা মরিচ লাড্ডু নবাত অমৃত কৌবা সন্দেশ ॥২৮॥ পদ্মচিনি চন্দ্রকান্তি থাজা খন্ডসার কৌবা। বিয়ড়ী-কদমা থোইদিংগী থাজাগী মথল ॥২৯॥ ছোলোম কৌহৈরি হৈনৌ-ভ অসিগী মওংদা হৌবনি। সন্দেশশিংদো মপান - মহৈ - মনানা ভিন্‌বা - মতুমগী মশকনি ॥৩০॥ অফবা অনৌবা-শঙোম থোমথা রসাল শিখরিণী সলবন - মুদ্‌গাঙ্কুর, ছিংকাজোই শানা শানা শেম্বা ॥৩১॥ চম্প্রা:- বয়োইনচিংবগী অয়াম্বা মথলগী আচার। প্রসাদিগী কয়ামরুমগী মথল মথা ময়'মদো হায়গদবদা ভমল্লে ॥ ৩২ ॥ প্রসাদিনা উপবন তংথাইবু থন্‌খ্রে। উরবদা প্রভুগী পুক্নিংনা অপেনবা ওইখ্রে ।৩৩। মতৌ অসুম্না শ্রীজগন্নাথনা চাক্নিবনিকো। অসিগী হুংভাইবনা মহাপ্রভুগী মিৎ ইংথরে ।।৩৪।। কেয়া মনাগী দোনা মীপোৎ মথাতরেৎ পুমক্লে। মী অমগী চাজক্কা দোনা তরা তরা পিরে ।।৩৫।। শ্রীগৌরবাকনা উপৈ শকপশিংনা য়ারে খংবিহুনা। মথোমশিংবু পিজনিংবদা প্রভুগী পুক্নিং তেক্লি ।।৩৬।। [illegible] ভক্তশিংবু কমহল্লে। প্রভুনা [illegible] হৌবকলে ।।৩৭।। প্রভুনা [illegible] তৌরে। [illegible] ।।৩৮।। হে প্রভু। [illegible] ।। [illegible] চানবীবমক্তা। [illegible] ॥৩৯॥ [illegible]

পুন্নমা কন্দী। চারকলে পুন্নমক্কী থনবনা থৌরী যৌথে ॥৪০॥ চারবদগী আগমন লোইহনা কমন্ডুন। নৈখী। মীশিংনা চাবা কোন্নবা প্রসাদি লেমলে ॥৪১॥ প্রভুগী য়াথংদগী গোবিন্দনা তোল্লতারবা মী শিংদো। অন্না-অনা-লাইররবশিংবু কৌবক্লুনা তাংনববু তৌই ॥৪২॥ অতোন্নবশিংগী চাবদা মুং-ঙাইববু য়েংলগা গৌরহরিনা। "হরি শোল্লো" হায়বা মখোইদা তাকপীরকই ॥৪৩॥ "হরি হরি" শোন্নবদা তোল্লবশিংদো প্রেমদা তাওখ্রে। অসুম্না অঙকপা লীলাবু শ্রীগৌররায়না শান্নে ॥ ৪৪ ॥ মলগাউদা শ্রীজগন্নাথগী কাং চৎপগী মতমদা; কাংচিংবশিংনা কাং চিংবদা মাংদা চত্তবে ॥৪৫॥ চিংবা ভমজ্রবদা গৌড়শিংদো (কাংচিংববু গৌড় কৌই) থাদোক্লে। নিংথৌনা অমিনবগা লোইননা অঙম অথৌ পুরক্লুনা ॥৪৬॥ অয়োকপা মলশিংনা থৌরী পাইহনা চিংবদা। মাগী থৌরাংহনা চিংবদা কাংবু লেংবা ঙমজ্রে ॥৪৭॥ অমিনবা ওইহনা নিংথৌনা ময়াই কাবা শামুশিংবু পুরক্লুনা। কাংবু চিংহননবগী দমক্তা কাদা জুরিবে ॥ ৪৮ ॥ ময়াই কাববা শামুনা, অয়াম্বা মথোয়গী অয়াম্বা পাঙ্গলনা চিংবদা খোংকম অমবু লেংথিজ্রে কাংদো লেপ্লুনা লৈখরে ॥৪৯॥ মতমদা মহাপ্রভুনা মনাইশিংবু পুন্না কাক-লগা। কাংবু ময়াই কাবা শামুশিংনা চিংববু লেপ্লুনা য়েংলে ॥৫০॥ কাটি থারবদা শামুশিংনা লোংলকলে। কাংদি চৎথিজ্রে মীয়াম্না হাহাকার কাওরি ॥৫১॥ মতমত্তুদা মহাপ্রভুনা অয়াম্বা শামু-শিংবু থাদোকলে। মনাইশিংদা কাংগী থৌরী চিংননবগী পীরে ॥৫২॥ ইবুঙঙোনা কাংগী মতুংদা [illegible] [illegible] । ইনবদা হড় হড় লাওহনা কাংনা [illegible] [illegible] ॥৫৩॥ ভক্তশিংনা থৌরী পাইহনতা [illegible] কাংনা মতোমম্না চৎচবে চিংশনবদা কাংজ্রে [illegible] [illegible] [illegible] [illegible] "জয় জয়" নৌরি।

জয় জগন্নাথ-দগী হেন্নবা অমা তাবিরবে ॥৫৫॥ মিংনা কুমদা চৎলকপনা কাংদো গুণ্ডিচাগী থোংগো থুংলে। চৈতন্যগী মতিক চাওবা উবদা মীয়ামনা ঙকথরে ॥৫৬॥ জয় গৌরচন্দ্র জয় শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য হায়না শোল্লি। "অতাংবনি," অসুম তৌনা মীয়াম্না নিন্থরে ॥৫৭॥ অঙম অথৌ লোয়নহনা প্রতাপ-রুদ্রনা য়েংজে। প্রভুগী মতিকপু উবদা প্রেমনা হকচাংদা শাংকাইরে ॥৫০॥ মতম অহুনা সেবকশিং অহনা শ্রীজগন্নাথবু লেংশিল্লে। শ্রীজগন্নাথনা লেংসিল্লক্লুনা মাগী সিংহাসন্দা ফমলে ॥৫৯॥ সুভদ্রা বলদেবসু লেংসিন্নুনা সিংহাসন্দা ফমলে। শ্রীজগ-ন্নাথবু স্নান তৌরগা পুকসু কংলক্লে ॥৬০॥ অঙ্গিনাদা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা। মুংঙাইবা জগোই কীর্তনবু প্রভুনা হৌরকলে ॥৬১॥ মুংঙাইবং-তনা মহাপ্রভুগী প্রেম্না হৌগৎলকলে। উবদা মীয়ামশিংগী প্রেম সমুদ্রদা তাওখরে ॥৬২॥ জগোই শাহনা সন্ধ্যাদা আরতি দরশন তৌই। আই টোটা বন্দা লাক্লুনা প্রভুনা পোংখ্রারে ॥৬৩॥ অদ্বৈতনচিংবা ভক্তশিংনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌই। মরু-মরুওইবা ভক্ত মাপল্লা নুমিৎ মাপল্লি কাই ॥৬৪॥ অতোপ্পা ভক্তশিংনা থা মরিগী অয়ামবা নুমিৎশিংবু বাজি-নেংমা-নোংমা অহুমনা নিমন্ত্রণবু য়েন্নহনা তৌনরে ॥৬৫॥ থা মরিগী নুমিৎশিংদো মরুওইবা ভক্তশিংনা য়েন্নুনা লৌনৈ। অতোপ্পা ভক্তশিংনা অহাংবা সরুক ফংনদরে ॥৬৬॥ নোংমদা ভক্ত অমি অসুম পুন্নসিন্নুনা নিমন্ত্রণ তৌই। মতৌ অসুম্না নিমন্ত্রণ লীলাবু মহাপ্রভুনা শান্নি ॥৬৭॥ নোংঙানবা মতমদা ইরজন্নবা শ্রীজগ-ন্নাথবু য়েংজরে। ভক্তশিংগা লোয়ননা সংকীর্তন জগোইবু হৌরকলে ॥৬৮॥ কবিগুরুনা অদ্বৈতনা কবিগুরুনা নিত্যানন্দনা জগোই শাই। কবিগুরুনা হরিদাসনা কবিগুরুবদা অচ্যুতানন্দনা জগোই শাই

॥৬৯॥ করিগুম্বদা বক্রেশ্বর অমদি করিগুম্বদা ভক্তশিংমা শাই। গুণ্ডিচাগী প্রাঙ্গনদা সঙ্কীর্ত্তন তৌই ॥৭০॥ "শ্রীবৃন্দাবনদা কৃষ্ণ লাকলে" অশুম্বা প্রভুগী বাখলদা খন্দুনা। শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী অম্বাবা ফাওবদো মতোম্নোম্বা কোকলে ॥ ৭১ ॥ "শ্রীরাধাগা লোয়নবা শ্রীকৃষ্ণনা শান্নৈ" অশুম্বা খনবা ওইহুনা। অসিগুম্বা রসসিদা মহাক্লা লুপ্না ওইরে ॥৭২॥ অয়াম্বা বন্দা ভক্তশিংগা লোয়ননা বৃন্দাবন লীলাবু শান্নৈ। ইন্দ্রদ্যুম্ন কোবা পুখ্রিদা ঈশিংদা শান্নৈ ॥৭৩॥ প্রভুনা ভক্ত পুম্নমক্তা ঈশিং থিত্না চাইসিল্লি। অয়াম্বা ভক্তশিংনা পুম্না মাইকৈ মরিদা কোইশিন্দুনা চাইশিল্লি ॥৭৪॥ করিগুম্বদা মকোক্ত অমা, করিগুম্বদা মরোন অনি কোইশিল্লি। ৭৫ তিংথোক্তুনা ঈশিং মথক্তা বোর বোর চৈতুনা পুম্নমক্তা শান্নৈ ॥৭৫॥ ভক্ত অনি অনি তিন্নহুনা ঈশিংগী লাল্ তৌনৈ। কনানা তাল্লি কনানা চেল্লি, প্রভুনা মীয়েং তারি ॥৭৬॥ অদ্বৈতগা, নিত্যানন্দগা ঈশিংবু চাইশিন্নৈ। অদ্বৈতনা মাইথিহুনা চেল্লে মতুংদা নিত্যাইনা চৈ থাংতি ॥৭৭॥ বিদ্যানিধিগা স্বরূপকা লোইনহুনা ঈশিং চাইশিন্নৈ। মুরারিগুপ্তগা গোবিন্দদত্তগা মখোয় অনি ঈশিংগী লাল্ তৌনৈ ॥৭৮॥ শ্রীবাসগা গদাধরগা ঈশিং চাইহুনা শান্নৈ। রাঘব পণ্ডিতকা বক্রেশ্বরগা ঈশিং চাইহুনা শান্নৈ ॥৭৯॥ সার্ব্বভৌমগা রামানন্দগা লোইনহুনা ঈশিং চাইহুনা শান্নৈ। অনিগী অদুকপা মগুণ কোকপ্রে অমাংগী মতোংগমলে ॥৮০॥ মহাপ্রভুনা মহুদা আনীরী তয়াং তশোইবা উরহুনা। গোপীনাথ আচার্য্যদা পাক্তিজক্তং নোক্তুনা হায়রকই ॥ ৮১ ॥ মুকুন্দা পণ্ডিতনি অনিসিনা তমজনকমগী মশক্তি। অমাংগী তয়াং তশোইবা ওইরি থাম্নু চংলু ॥৮২॥ গোয়ালাবা হায় নংগী থোজানরী মহা সম্প্রদনা। ইহৌরকপ্পা মতম্মদা মাগী অরিক্ত অমংতংনা ॥৮৩॥ মহু মহুদা লৈবা রেঞ্জ, মন্দরচিংশিংবু থুমহংলি। অসিগুম্বা চিংহুম মচা অনিসিংবু থুমহংপদি করি হায়গনি ? ॥৮৪॥ অকাবা রেংনবা খড়ি চাবদা মাগী পুনসি লেমকন্দবনি। সার্ব্বভৌম মওোন্দা লীলা অমৃতবু পীথকপী অসিনা নংগী থোজান্নী ॥ ৮৫ ॥ মতমহুদা মহাপ্রভুনা নোক্তুনা অদ্বৈতবু কৌসিন্দুনা। ঈশিংগী মথক্তা মাবু শেষ শর্য্যা ওইহল্লে ॥৮৬॥ মহাকী মথক্তা চেপ্লে। শেষশায়ীগী লিলাবু প্রভুনা ফোংদোকই ॥৮৭॥ শ্রীঅদ্বৈতনা মাগী ভম্বদো ফোংদোকপা তৌরি। মহাপ্রভুবু পুম্না ঈশিংদা তাওরি ॥৮৮॥ মতৌ অশুম্বা ঈশিংদা মিংকুপ কয়া মরুম শান্নৈ। প্রভুনা অহুদগী আইটোটাদা ভক্তশিংগা লোয়ননা লাক্লে ॥৮৯॥ পুরী ভারতীনচিংবা মরু ওইবা ভক্তশিংগা লোয়ননা অদ্বৈতগী নিমন্ত্রনদা প্রসাদি চামিন্নরে ॥৯০॥ অমদি বাণীনাথনা অয়াম্বা প্রসাদিবু পুরক্তুনা। প্রভুগী ভক্তশিংনা অহুগুম্বা প্রসাদিবু ফংলকল্লে ॥৯১॥ হুমিদাংবাইদা লাক্তুনা জগোই শাই দরশন তৌই। অহিংদা বন্দা লাক্তুনা তুমলরী ॥৯২॥ মতুংগী হুমিত্তা লাক্তুনা শ্রীজগন্নাথবু য়েংলবদা প্রাঙ্গনদা মিংকুপ থরা জগোই শাই ঈশৈ শক্তই ॥৯৩॥ ভক্তশিংগা লোইননা প্রভুনা বন্দা লাক্তুনা, ভক্তশিংবু পুম্না শ্রীবৃন্দাবনগী লীলাবু শান্নৈ ॥৯৪॥ প্রভুগী শক্ উবদা উ-উরী মপাম্না শাংলে। থোইনুনা কোকিলনা ঈশৈ শক্তই অইংবা হুংশিং শিংলি ॥৯৫॥ উগী মথোং থুনিংদা প্রভুনা জগোই শারি। বসুদেবদত্তনা মতোমক্তা ঈশৈ শক্তই ॥৯৬॥ উংথোং অমমমদা ভক্ত অমমমনা ঈশৈ শকই। থোইদোক্পা পুরিংচায়ুনা লৌরবা মতোমক্তা জগোই শাই ॥৯৭॥ মতমহুদা [illegible]

ঙাংবশিজবীগী মপুক্কচেল্লি। গুংশিরবা মবুড়েভাগী শ্রীংনবগী মরিক্কন্তুনা অশাওবা পুক্চেন্ ওই ॥১২৫॥ হায়রিবৈগী মতম অহুদা, মগুদা মথল অথাগী রথ্বনা থামহুনা। লৈতেংলবা সনাগী খোলাইদা শ্রীলক্ষ্মীনা তোংহুনা ॥১২৬॥ ছেকপিন "চামর"-কিরান লৈনা অসি থিবিক্লা লৈতেংহুনা মাংদা অয়াম্বা পুং লৈহুনা জগোই শাহুনা মিনাই-মুপীশিংনা ॥ ১২৭ ॥ খাগোক্ ঈশিংখুজাই কাংহাই - হুমাই থিবিক্লবু। মথোয়গী মখুৎনা পাইহুনা দাসীগমনা লুরবা ফিজেৎ লৈতেংহুনা ॥১২৮॥ অয়াম্বী দাসীশিংনা থোগন্দুনা মীদগী থোইদোকপা তৌবা ভঙ্গী। নাপন উত্নুনা শাওনা শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা সিংহদ্বারদা (লোংপোক থোক্কা) লাক্নুনা ॥১২৯॥ শ্রীজগন্নাথগী অয়াম্বা মরুওইবা মনাইশিংদো। মথোইবু লক্ষ্মীগী দাসীশিংনা পুন্সিন্দুনা কাই ॥১৩০॥ পুন্দুনা পুরকলগা লোইনা তুহল্লি শ্রীলক্ষ্মীগী চরন্দা। হুরানববু অয়াম্বা লনবু মুন্দুনা মতিকচাবা চৈথা পীদুনা লাকনবগুমনা লাকনরী ॥১৩১॥ চমদবা ওইবা অচম্বা জ্ঞান ওইদবা কাংদা ফুরি। কয়ামরুম নমহৎপগী মতৌদা রাহে কয়ানা চৈরকই ॥১৩২॥ শ্রীলক্ষ্মীগা লোইননা দাসীশিংগী মথৌনা করম্ব উরহুনা। প্রভুনা মনাইশিংগা লোইননা নোকপা হৌরকলে ॥১৩৩॥ মহুদা দামোদরনা হায়রকই অম্মম তৌবা মানগী মথলদি। মরোন অহুমদা কদাইদম্ভু তাদে, অতোপ্পদম্ভু উত্রি ॥১৩৪॥ জগৎকী মানদি করিম্ভু হৈদ্রিংদনা অয়াম্বা লৈক্কৎবু থাদোক্নুনা অমোৎপা ফি শেৎহুনা লৈপাক্তা কমহুনা খুজিন্না য়েক থোক্লি ॥১৩৫॥ শ্রীলক্ষ্মীনা তৌরিব অসিগুম্বা মানদি দ্বারকাদা সত্যভামাগী ভাবরে। ব্রজদা গোপীশিংগী মানদি শ্রীকৃষ্ণগী অপেনবা রসগী লৈরকি ॥১৩৬॥ শ্রীলক্ষ্মীনা অয়াম্বা মনু পুরমকনু

কোংতোক্লা মান্ তৌহুনা। চারবা শ্রীজগন্নাথগী মথক্তা তেঙ্গানবু শেমশাহুনা চংলি ॥১৩৭॥ প্রভুনা হায় ব্রজগী মানগী মথলগী মশাক্তো হায়উ। স্বরূপনা হায় গোপীশিংগী মানদি ঈচেল চামা লোংবা তুরেলগুম্বনি ॥ ১৩৮ ॥ মুপীগী মখুকচেন প্রেমগী মচংনা ইথাই য়াম্মী। অদুগুম্বা মথল মথা অয়াম্বা ইথাইনা তোপ্পা কোংতোকই ॥১৩৯॥ চংথোম্না গোপীশিংগী মানবু হায়বা ঙমলোই। মানগী ইথায়দো অমা-অনিদং মাইকৈ উৎকো।১৪০। শাওবদা কনানা "তথ্বী" কনানম্ভু "তপতে"। কনানম্ভু "অতপ্না তপুব" ওই, অম্মম্না ইথাই অহুমনি । ১৪১ ॥ অতপ্নীনা চারবনা অরাপ্পদা লাকপা উবদা তরাম তরাম্না তৌই। মনাক্তা লাকলবদা ফক্ - ফাল্ চংথোম্না থাই ॥১৪২॥ থমোইদা শাওরগা, চিনদা থুমসবা রাহৈনা হায়। চারবনা কোনগদবদা মানা কোনববু তৌজৈ ॥১৪৩॥ তুলরিংবা মচংনা মনবু মপুংফানা য়োকই। করিগুম্বদম্ভু পাওসা রাহৈনা চারববু তকথোকই ॥১৪৪॥ "শাওবদা তপুবীনা" তমথিবা রাহৈনা চৈহংপবু ত্তই। থম্বাল লৈরিক্তী-াংচান্না থায় লৈগী পরেংনা পুল্লি ॥১৪৫॥ (শাওবদা অতপ্নী তপাক্তবী ওইবীনা) অথোইবা রাহৈনা লংনৈ। করিগুম্বদা থাগভুনা হায়রৈ, করিগুম্বদা অকাইবা করিগুম্বদা হুন্দোকই। ১৪৬॥ শাওবদা —অপাংবী রাইমবী, থোনাকবী, মুপীগী মথল অহুমনি। "অপাংবীদি" শাওবগা য়ৈশিংবগী ইথাইবু থাজদে ॥১৪৭॥ মাইব কুপস্নিন্দুনা কন্নক্তা লেপ্পা তৌই; চারবগী লোম্নুকপা রাহৈনা অশাওবম্ভু তোক্নই ॥১৪৮॥ শাওবদা "রাইমবীনা" "থোনাকবীনা" অতম্মনচিংবা অহুমদো পুরি। হায়রিবগী মরক্তা পুরমকী মচত্না মথল অহুমগী ওইরি ॥১৪৯॥ শাওবদা কনানা মচিন কহি, কমানা থোকই

তথাহি - উজ্জ্বলনীলমণৌ বিভাবপ্রকরণে ৭১ শ্লোকঃ।

গর্ব্বাভিলাষরুদিতস্মিতাসূয়াভয়ক্রুধাম্।

সঙ্করীকরণং হর্ষাদুচ্যতে কিলকিঞ্চিতম্ ॥৫॥

অন্বয়ঃ ।— হর্ষাৎ — হরাওবদগী, গর্ব্ব — অথোইবা, অভিলাস — অপাম্বা, রুদিত — কপশি-নবা, স্মিত -- মোমন নোকপা, অসূয়া — য়েংখিবা, ভয়— অকিবা, ক্রুধাং — অসাউবা, সঙ্করীকরনং — পুলপ পুনসিনববু, কিলকিঞ্চিতং — ময়ামগী থজিক্ থজিক্না অমত্তা ওইবা, "কিলকিঞ্চিত" উচ্যতে - কৌই হায়রি ইতি ॥ ৫ ॥

হায়রকই ॥১৬০॥ "অধিরূঢ় মহাভাব" (পেম্নবনা পনখিনবা হেক্তিন্না ভক্তনা থোইদোক্না লিংবা) অসিনা ভক্তনা শ্রীরাধাগী কৃষ্ণবু মুংশিবা ওইবি। ভরারক ফুদোংবা সনানা, ভৌবগুম্না সেংলবা পুরবা রাধাগী কৃষ্ণ মুংশিবনি ॥১৬১॥ শ্রীকৃষ্ণবু উববু থংহোদনা ফংবা মতমহুদা রাধানা। অয়াম্বা পুকচেল লৈতেংনা শ্রীরাধাদা লৈতেংই ॥১৬২॥ অরেপ্পদগী নিপান, হবাওবনচিংব, অমাদ হেনজিন্না মপুং ফাহন্নবা,। মহোশাগী মুংশিবা, কুম্না, লৈতেংবা পুকচেম্নচিংবা ॥১৬৩॥ রাথন ময়াম্না অমত্তা ওইবা, হরাওবনা শাওসিন্নবা, শাম্নিংবা, রাথল নোখোকপা,। থোওইদবশাবা, অপাম্বা কোংভোকপা, অমদি, খংদশানা হংবা, কিবা, শাওবা ॥১৬৪॥ অম্বুক্ ওইবা পুকচেনশিংনা লৈতেং ওইদুনা শ্রীরাধাগী হকচাংদা লৈতেংভি। উবদা শ্রীকৃষ্ণগী মুংঙাইবা সমুদ্রগী ইথক্না কোগংলে ॥১৬৫॥ রাথল ময়াম্না পুকচেন্ অমত্তা ওইবনা, লৈতেংবগী রারম তারো। রাথল লৈতেংনা লৈতেং-লগা শ্রীরাধান কৃষ্ণগী পুক্নিংবু হরি ॥১৬৬॥ রাধাবু উবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা রাধদা শোকে নিংভি। মতমহুদা লক্ষ্মীগী মমল লোকমদা শ্রীরাধাবু চংপ থিংবা শ্রীকৃষ্ণনা ॥১৬৭॥ মতমহুদা লাক্কুনা লৈ[illegible] শ্রীকৃষ্ণনা থাম্বা। মতমহুদা মতাশিংগী মমাংদা শ্রীরাধাগী হকচাংদা থুংপু পিখি ॥১৬৮॥ অ'নগুম্ব অয়ম্বা মফমদা 'রাথল ময়াম্না অমত্তা ওইবা পুকচেনবু" থোকখি। অহানবদা হরাওবদা ময়াম্না চংসিনবনা, পাক্কফম মরুনি ॥১৬৯॥

অনুবাদ :—হরাওবদগী অথোইবা, অপাম্বা, কপ্প, মোমন নোকপা য়েংবা অকিবা অসাউবা, ময়ামসিনা অমত্তা ওইনা পুলসিনববু ময়ামগী থজিক থজিক্না অমত্তা ওইবা ( কিলকিঞ্চিত ) কৌই হায়রি ইতি ॥৫॥

হরাওবদা অতোপ্পা রাথল তরেংনা তিম্নবনা মহৌসানি। রাথল নিপান তিম্নবত্বু (মহাভাব) থোইদোকপা পুকচেম্নী ॥১৭০॥ নাপন অথোম্বা, অপাম্বা, কপ্পশাবা, অকিবা,। অসাউবা য়েংখিবা লোইনবা অমদি মোমন নোকপা ॥১৭১॥ মহাও, অয়াম্বা রাথল নিপান্না অমত্তদা পুনসিন্নবদা। মহুৎ চাবতনা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিংনা অপেন্নবা ওইরি ॥১৭২॥ শক্লোম্ অফম্বদা চিনি-ঘী-থোইহি গুণ মরিচ-কর্পুর। এলাচি-ময়ামসিনা তিন্নবা রসলা কৌব সন্দেশনা থুম্বা অত্তুম্বা ॥১৭৩॥ অসিগুম্বা পুকচেম্না তিনবা শ্রীরাধাগী শ্রীমুখ জবদা। শ্রীকৃষ্ণনা তিন্নবা ফংবা মুংঙাইবগী কোটী গুন্ হেন্না মুঙাইবা ফাই ॥১৭৪॥

তথাহি—দানকেলিকৌমুদ্যাং প্রথমশ্লোক।

অন্তঃস্মেরতয়োজ্জ্বলা জলকণব্যাকীর্ণপক্ষ্মাঙ্কুরা কিঞ্চিৎপাটলিতাঞ্চলা রসিকতোৎসিক্তা পুরঃ কুঞ্চতী।
রুদ্ধায়াঃ পথি মাধবেন মধুরব্যাভুগ্নতারোত্তরা রাধায়াঃ কিলকিঞ্চিতস্তবকিনী দৃষ্টিঃ শ্রিয়ং বঃ ক্রিয়াৎ।৬

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে ৯সর্গে ১৮ শ্লোকঃ।

বাষ্পব্যাকুলিতারুণাঞ্চলচলন্নেত্রং রসোল্লাসিতম্ হেলোল্লাসচলাধরং কুটিলিতং ভ্রূযুগ্মমুদ্যৎস্মিতম্।
কান্তায়াঃ কিলকিঞ্চিতাঞ্চিতমসৌ বীক্ষ্যাননং সঙ্গমাদানন্দং
তমবাপ কোটিগুণিতং যোঽভূন্ন গীর্গোচরঃ॥৭॥

অন্বয়।— পথি — লম্বীদা, মাধবেন — শ্রীকৃষ্ণনা, রুদ্ধায়া —ফারবী, রাধায়াঃ — শ্রীরাধাগী, অন্তঃ স্মের তয়া — মপুংদা মোমন নোকপনা, উজ্জ্বলা — নিংথিরবী, জলকনব্যা কীর্ণপক্ষ্মাঙ্কুরা— পাখোংদা পিনাসিনবা থুংলবা, কিঞ্চিৎ পাটলি তাঞ্চলা — খজিক্তং মিচিনা তঙাংবা, রসিকতোৎসিক্তা — অপেনবতনা চাওখৎহল্লবা, পুরঃকুঞ্চতী — মাংদা খোইখোইনা লেপ্পা, মধুরব্যাভুগ্নতা —রোত্তরা, খোই-খোইবনা য়েংবা মিং নহানা ফজরবা, কিলকিঞ্চিতস্তবকিনী—রাখল চয়োংনা পুল্লবা কিলকিঞ্চিতনা তিল্লবা, দৃষ্টিঃ—মিংয়েংনা, বঃ—নখোইগী, শ্রিয়ং - অফববু, ক্রিয়াৎ তৌবিসনু॥ ইতি॥ ৬॥

অন্বয়।— অসৌ— শ্রীকৃষ্ণনা, রাধায়াঃ— শ্রীরাধাগী, বাষ্পব্যাকুলিতারুনা ঞ্চলচলন্নেত্রং—মাঠুনা তঙাংবা মিংচিদা পিনা সিন্দুনা তথক তথক য়েংবা, রসোল্লাসিতং—রসনা হরাওববা, হেলোল্লাসচলাধরং—মাইথোকপনা চিনবান্দা থিত্তং লেংবা, কুটিলিতভ্রূযুগ্ম'—পিশুম অনিনা খোইনা ফজবা, উদ্যৎস্মিতং—মোমোন নোকলকপা, কিলকিঞ্চিতাঞ্চিতং রাখল ময়াম পুল্লবা কিলকিঞ্চিনা তিল্লবা, আননং—মাইথোংবু, বীক্ষ্য—উরগা, সঙ্গমাৎ—তিন্নরুবদগী, কোটিগুণিতং কোটি গুণ হেন্না, তং—অদুগুম্বা, আনন্দং—নুঙাইববু, অবাপ—ফংখি, যঃ—নুঙাইবদু, গী গোচর—রাহৈগী মথৌনা, ন অভূৎ—ওইদ্রে॥ ইতি॥ ৭॥

অনুবাদঃ।—দান ঘাটকী লম্বীদা শ্রীকৃষ্ণনা ঘাটকী মমল পিদে হায়দুনা ফারবী, শ্রীরাধাগী ওয়োইদা মোমোন নোকপনা নিংথিরবী, পাখোংদা পিনা সিনবা থুংলবা, খজিক্তং মিচিনা তঙাংবা, অপান্থনা চাওখৎহল্লবা, মাংদা খোই খোইনা— লেপ্পা, খোই খোইবনা য়েংবা মিং নহানা— ফজরবা, রাখল চয়োংনা পুল্লব কিলকিঞ্চিতনা তিল্লবা, মিংয়েংনা নখোইগী অফববু তৌবিসনু॥ ইতি॥ ৬॥

অনুবাদঃ:—শ্রীকৃষ্ণনা; শ্রীরাধাগী রাঠুনা তঙাংবা মিংচিদা পিনা সন্দুনা তথক্ তথক্না য়েংবা, রসনা হরাওরবা মাইথোকপনা—চিনবান্দা থিত্তং লেংবা, পিশুম অনিনা খোইন ফজব, মোমোন নোকথোকলবগ, রাখল ময়াম্না পুল্লবা কিলকিঞ্চিতনা তিল্লবা মাইথোংবু উরগা, তিন্নরুবদগী কোটি গুণ হেন্না অদুগুম্বা নুঙাইববু ফংখি নুঙাইবদো রাহৈগী মথৌনা ওইদ্রে॥ ইতি॥ ৭॥

অসি তারবদা প্রভুগী পুক্নিংনা নুঙাইবা ওইরে। নুঙাইবদা চংদুনা স্বরূপ্তা প্রভুনা কোনবীরে॥১৭৫॥ অপাম্বা পুকচেন্নচিংবশিংগী রাধাদা লৈত্তেংবদো মশক্ হায়উ। অদুগুম্বা পুকচেন্‌শিংনা শ্রীরাধানা গোবিন্দগী পুক্নিং হুবব॥১৭৬॥ মতম্‌চুদা স্বরূপ গোসাঞিনা হায়বা য়েৎরক্লে। তাঁবদা ভক্তশিংগা লোইননা প্রভুনা রাস নুঙাইবা

তথাহি—মহাভারতে সংগ্রনাথতোত্র ৬৭ শ্লোকঃ।

গতিস্থানাসনাদীনাং মুখনেত্রাদিকর্মণাম্।
তাৎকালিকন্তু বৈশিষ্টং বিলাসঃ প্রিয়সঙ্গজম্ ॥৮॥

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে ৯ সর্গে ১১ শ্লোকঃ।

পুরঃ কৃষ্ণালোকাৎ স্থগিত কুটিলাস্যা গতিরভূৎ তিরশ্চীনং কৃষ্ণাম্বরদরবৃতং শ্রীমুখমপি
চলত্তারং স্ফারং নয়নযুগমাভুগ্নমিতি সা বিলাসাখ্যস্বালঙ্করণ বলিতাসীৎ প্রিয়মুদে ॥৯॥

তথাহি—উজ্জ্বলনীলমণৌ অনুভাবপ্রকরণে ৭৫ শ্লোকঃ।

বিন্যাসভঙ্গিরঙ্গানাং ভ্রূবিলাসমনোহরা।
সুকুমারা ভবেদ্যত্র ললিতং তদুদাহৃতম্ ॥১০

অন্বয়ঃ।—গতিস্থানাসনাদীনাং—চৎপ-লৈবা ফম্বনচিংবগী, মুখনেত্রাদিকর্মণাং—চিন-মিৎনচিংবগী, তৌরকপা থবক্‌শিংগী, প্রিয়সঙ্গজম্—চান্নবগ। তিন্নবদগী পোকপা, তাৎকালিকন্তু—হন্না মতম অহুদা ওইবা, বৈশিষ্টম্—থোইদোকলকপা মওংদো, বিলাসঃ উচ্যতে বিলাস (অপাম্ব) কোই। ইতি ॥৮॥

অন্বয়।—পুরঃ—মাংদা, কৃষ্ণালোকাৎ শ্রীকৃষ্ণ উবদগী, অস্যা—শ্রীরাধাগী, গতিঃ চংপা, স্থগিত কুটিলা—লেপ্পা-থোইবা, অভূৎ—ওইথি, শ্রীমুখং—মাইথোংনা, অপি—অমসুং, তিরশ্চীনং—চেপলপ তৌবা, কৃষ্ণাম্বরদরবৃতং—অমুবা ফিনা খজিক্ক কুপসিনবা, নয়ন যুগং মিৎ অনিগী চলত্তারম্—মিৎ নহানা তকুপ তরাংনা যেংবা, স্ফারং—লাউরপ পাংবা, আভুগ্নম্—থজিক্কং থোইবা, ইতি—অসুম্না, সা—শ্রীরাধানা, প্রিয়মুদে—শ্রীকৃষ্ণগী নুডাইনবগীদমক্তা, বিলাসাখ্যস্বালঙ্করণবলিতা—বিলাস কৌবা রাথলগী লৈতেংবী, আসীৎ—ওইথি ॥ইতি ॥৯॥

অন্বয়ঃ—যত্র—মফমদা, অঙ্গানাং—হকচাং কয়াংশিংগী; বিন্যাসভঙ্গি—ওইথোক্লকপা মশক, ভ্রূবিলাস মনোহরা—পিশুম্না থোইবনা পুক্নিংবু হুবা, সুকুমার—তনৌ তনৌবা, ভবেৎ—ওইবা তৎ—মহুবু, ললিতং—ললিত কৌই, উদাহৃত হায়রি। ইতি ॥১০॥

ফংলে ॥১৭৭॥ শ্রীরাধানা করিগুম্বদা শ্রীবৃন্দাবনদা চত্থুনা ফমহুনা লৈবা। মতমহুদা মহুদা থংহৌদনা শ্রীকৃষ্ণবু উবা ফংবা ॥১৭৮॥ হেক উবদা থোইদোকপা অয়াম্বা রাথম্না ওই। অহুগুম্বা থোইদোকপগী মমিংদো বিলাস ভূষন কৌই ॥১৭৯॥

অনুবাদ।—শ্রীরাধানা চৎপা-লৈবা-ফম্বনচিংবগী চিন-মিৎনচিংবগী তৌরকপা থবকশিংগী চান্নবা শ্রীকৃষ্ণগা লোইনবদগী পোকপা হন্না মতম অহুদা ওইবা থোইদোকপা, মওংদো বিলাস (অপাম্ব) কৌই ॥ইতি॥৮॥

অনুবাদ—ইকাইবা-মরাওবা-অপাম্বা-কিখি কিরুম্বা মুংশি-মুংওনবা, তকুপ-তরাংবা। অম্বক ওইবা পুকচেন্‌শিংসিনা—তিন্নহুনা শ্রীরাধাগী তম্লাং তশোই ॥১৮০॥

অনুবাদ:— মাংদা শ্রীকৃষ্ণ উবদগী শ্রীরাধাগী চংপা লেপ্পা থোইবা ওইথি মাইথোংসু চেপলপ তৌবা, অমুবা ফিনা, থজিক্কং কুপসিনবা, মিৎ অনিসু মিৎ নহানা তকুপ তরেংবা, লাউরপ পাংবা থজিক্কং থোইথি অসুম্না শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী নুংঙাইনবগীদমক্তা বিলাস কৌবা রাথলগী লৈতেংবী ওইথি। ইতি ॥৯॥

শ্রীকৃষ্ণগী মাংদা রাধানা মতমহুম্না লেপ্পনা লৈবা

তথাহি—শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে ৯ সর্গে ১৪ শ্লোকঃ।

হ্রিয়া তির্য্যগ্গ্রীব-চরণ-কটিভঙ্গী সুমধুরা চলচ্চিল্লীবল্লী-দলিতরতিনাথোর্জ্জিতধনুঃ।
প্রিয়প্রেমোল্লাসোল্লসিতললিতা লালিততনুঃ প্রিয়প্রীত্যৈ সাসীদুদিতললিতালঙ্কৃতিযুতা॥১১

তথাহি উজ্জ্বলনীলমণৌ অনুভাবকথনে ৭৩ শ্লোকঃ।

স্তনাধরাদিগ্রহণে হৃৎপ্রীতাবপি সম্ভ্রমাৎ। বহিঃ ক্রোধো ব্যথিতবৎ প্রোক্তং কুট্টমিতং বুধৈঃ॥১২॥

অন্বয়ঃ।— হ্রিয়া— ইকাইগুনা, তির্য্যগগ্রীবা— ভক্কা থোইবা, চরণ কটিভঙ্গীসুমধুরা— খোংঙ্গা খাংদ থেকপনা নিংথিবা, চলচ্চিল্লীবল্লীদলিত রতি নাথোর্জ্জিত ধনুঃ—লেংলবা পিত্তম উরীনা থোইদোকপা কামগী লিরংবু ভমজবা, প্রিয়প্রেমোল্লসোল্লসিত-ললিতালালিত-তনুঃ— চান্নথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী মুংডাইবা প্রেমগী হরাওবদগী তনৌথোক্লবা হকচাংনা ওইবী, সা— শ্রীরাধানা, প্রিয়প্রীত্যৈ -শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগী-দমক্তা, উদিতললিতালঙ্কৃতিযুত—থোক্লকবা তনৌথোকপা লৈতেংনা তিন্নবী, আসীৎ—ওইখি। ইতি॥১১॥

অন্বয়ঃ।—স্তনাধরাদিগ্রহনে—স্তন্দা চিনবান্নিংবদা শ্রীকৃষ্ণনা লৌররবদা, হৃৎপ্রীতৌ অপি—থমোইদ, পেন্নবসু, সম্ভ্রমাৎ- ভকুপ ভরাংবদগী, ব্যথিতবৎ—ন্নাবরগুম্না, বহিঃ—মপান্দদি, ক্রোধঃ—শাউবদো, বুধৈঃ—অথংবশিংনা, কুট্টমিতং—কুট্টমিত কৌই, প্রোক্তং—হায়রি। ইতি॥১২॥

হকচাং মথেক অহুম থোইড়না লৈবা পিত্তরা অগোই শান্না॥১৮১॥ মাইদা - মিত্তা অয়াম্বা পুকচেনবু কোংতোকই। অসিগুম্বা চান্নবীগী লৈ-তেংলিব পুকচেনবু "ললিত" কৌই॥১৮২॥

অনুবাদঃ।—মতুদা হকচাং কয়াংশিংগী ওই থোক্লকপা মশক, পিত্তমনা থোইবনা পুক্লিংবু স্তবা পুন্নমক্তা তনৌ তনৌবা ওইবা। মদুবু নৌথোকপা (ললিত কৌই) হায়রি। ইতি।১০।

ললিত (তনৌথোকপ) না লৈতেংলবা মতমদা উনবা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা। অনিমক্তা অনিমক্তা অমত্তা ওইনা তিন্নবগীদমক্তা থৌরাংনৈ॥১৮৩॥

অনুবাদঃ।— শ্রীরাধিকানা ইকাইড়না ভক্কা থোইবা, খোংঙ্গা খাংদা থেকপনা নিংথিবা, লেংলবা পিত্তম উরীনা থোইদোকা কামগী লিরংবু ভমজবা, চান্নথোইবা, শ্রীকৃষ্ণগী মুংডাইরবা মুংশিবগী হরাও-বদগী তনৌ তনৌথোকপা হকচাংনা ওইবী শ্রীরাধা-না শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবগীদমক্তা, থোক্লকবা, তনৌ-থোকপা লৈতেংনা তিনবী ওইখি। ইতি॥১১॥

পাম্বতনা লাকুনা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মগী থাখুজু চিংলববদা। থমোইদদি হরাওরগা শ্রীরাধানা থামই॥১৮৫॥ মপান্দা মুংশি মুংওন্দুনা — শাউই থমোইদা পুক্লিং মুংডাইবা। অসিগুম্বা শাউশিন্নবা কৌবা পুকচেন্না রাধাদা লৈতেংই ১৮৫

অনুবাদঃ।— শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীরাধাগী থবাক্তা চিনবান্দা শাক্লববদা থমাইদা পেন্নবসু মপান্দদি শাউই। পুকচেন্দুবু অথংবশিংনা মুংশিবনা শাউবা কুট্টমিতা কৌই হায়রি। ইতি॥১২॥

শ্রীকৃষ্ণগী খুংগু খামনা অপাম্ববু খুবো ওইরি॥

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অং ৫২ শ্লোকঃ।

শ্রিয়ঃ কান্তাঃ কান্তঃ পরমপুরুষঃ কল্পতরবো দ্রুমা ভূমিশ্চিন্তামণিগণময়ী তোয়মমৃতম্।
কথাগানং নাট্যং গমনমপি বংশীপ্রিয়সখী চিদানন্দং জ্যোতিঃ পরমপি তদাস্বাদ্যমপি চ ।১৪।।

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে ভক্তিরসসামান্যনিরূপণে বিভাবলহর্য্যাং ধৃতবিল্বমঙ্গলশ্লোকঃ।

চিন্তামণিশ্চরণভূষণমঙ্গনানাং শৃঙ্গারপুষ্পতরবস্তরবঃ সুরাণাম্।
বৃন্দাবনে ব্রজধনং ননু কামধেনু- বৃন্দানি চেতি সুখসিন্ধুরহো বিভূতিঃ ।১৫।।

**অন্বয়** :— কান্তা—শ্রীবৃন্দাবন্দা চান্নবী গোপীশিংনা, শ্রিয়ঃ— শ্রীমহলক্ষ্মী ভাকুনি, কান্তঃ—চান্নবনা, পরমপুরুষঃ—অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনি, দ্রুমাঃ—উশিংন, কল্পতরবঃ—শিদবা উপাম্বীশিংনি, ভূমিঃ—লৈবাকনা, চিন্তামণিগণ ময়ী—চিন্তামণিশিংনি. তোয়ঃ ঈশিংনা, অমৃতং—অমৃতনি, কথা—য়া ভাং-বনা, গানং—ঈশৈনি, গমনং—মহৌশাগী চৎপনা অপি—অমসুং, নাট্য জগোইনি, বংশী—বাঁশীন, প্রিয়সখী—চান্নবী সখীনি, চিদানন্দ—অথংবা নুংঙাইবা, অপি অমসুং, পরম—থোইদোকপা, জ্যোতি—মঙাল্লা ওইবা প্রেমনা, অপি—অমসুং, তৎ মাগী, আস্বাদ্য চাগদবা মহাওনি। ইতি ॥১৪॥

**অন্বয়ঃ** ।— বৃন্দাবনে—শ্রীবৃন্দাবন্দা, অঙ্গনানাং—গোপীশিংগী, চরণভূষণং—খোংগী লৈতেংদি, চিন্তা-মণিঃ—চিন্তামণিনি, শৃঙ্গার পুষ্পতরবঃ— লৈতেংনরিবা উপাল য়াপাল পুন্নমক, সুরাণাংতরবঃ— শিদবা উপাল লৈপান্নি, কামধেনুবৃন্দ— যণশিংদো কামধেনুভাকুনি, ইতি— অসুমনাওইখ্রবা, সুখসিন্ধুঃ—নুংঙাই-বগী সমুদ্রনি, অহো— ওস্পোকপনি, ননুব্রজ ধনংচ— ব্রজগী লনসিদি, বিভূতিঃ— থোহদোকপনা ওইরি ইতি ॥১৫॥

পুক্লিংদা তাদরে ॥ ২০৫ ॥ শ্রীবৃন্দাবন্দা মহৌশাগী অহুঙবা লল্লি সমুদ্রনি। মহুগী মরিক ১না দ্বারকা বৈকুণ্ঠগী মরম্রি ॥২০৬॥ অথোইবদগী থোইদোকপা লিপা মতোমতনা ঙমথোকপা। শ্রীকৃষ্ণবু মরম্ ওইহনা ইনাক খুল্লিবা অহুঙবা শ্রীবৃন্দাবন লৈকম অদো ॥২০৭॥ চিন্তামণিনা লৈকমনি মহুগী মুম-মকনি। চিন্তামণিশিংনা দাসীশিংগী খোংদা লৈতেংনবী ॥২০৮॥ মহুদা মহৌশা ওইবা শিদবা উবী উপালমকলী বম্রি। হৈ-লৈ নম্বা কনানা বৃন্দাবন্দা অতোপ্পা লনবু নিদে ॥২০৯॥ মহুদা বন কন্দা লেপ্লীবদো কামধেনু ভাকনি। লগোমকবু পী, কনানা অতোপ্পা লনবু নিদে ॥ ২১০ ॥ মহুদা মহৌশাগী বাক্রৈনা নুংবা ঈশৈনি। মহৌশানা চৎ-পনা থোইদোকপা জগোইনি ॥২১১॥ শ্রীবৃন্দাবন পুন্নমক্কী ঈশিংদো অমৃতগা মান্নে। মহুদা অথংবা নুংঙাইবা অঙানবা প্রেমনা মশক পান্নবা চাগদবা মহাওনি ॥২১২॥ মহুদা শ্রীলক্ষ্মীবু ঙমজবী গুন্না শ্রীলক্ষ্মী মন্নাম ওইরি। শ্রীকৃষ্ণগী বংশীনা মহুদা চান্নরবী মতাগী থবকপু তৌই॥ ১৩॥

**অনুবাদ** :—শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংনা শ্রীমহা-লক্ষ্মীশিংনি, চান্নবনা অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনি। উশিংনা শিদবা উপালশিংনি, লৈবাক্না চিন্তামণিশিংনি। ঈশিংনা অমৃতনি, য়া ঙাংবনা ঈশৈনি, মহৌশাগী চৎপনা অমসুং জগোইনি, বাঁশীনা চান্নবী মতানি অমসুং অথংবা, নুংঙাইবা, অঙানবা ওইবা প্রেমা অমসুং মাগী চাগদবা মহাওনি। ইতি ॥১৪॥

**অনুবাদ** :—শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংগী খোংগী লৈতেংদি চিন্তামণিনি। লৈতেংনরিবা উপাল—

হায়জরে। চিনবুং মৈহুত্না প্রভুনা অদ্বৈত আচার্যদা নোকই ॥১০॥

( মন্ত্রসি তন্ত্রদা হায়বনি )

"রাধে কৃষ্ণ রমে বিষ্ণো সীতে রাম শিবে শিব।
যাস্ত্বি সাসি নমোনিত্যং-যোহসি সোহসি নমোস্তুতে ইতি— (ক)

**অনুবাদ** ঃ-শ্রীরাধাদা কৃষ্ণনা, শ্রীলক্ষ্মীদা নারায়ণনা, শ্রীসীতাদা রামনা, শ্রীদুর্গাদা শিবনা পেনবা ওইরে। শ্রীরাধা শ্রীলক্ষ্মী শ্রীসীতা শ্রীদুর্গা ওইবা নংব নেপ্পা খুরুম্মী। শ্রীকৃষ্ণ, শ্রীনারায়ণ শ্রীরাম, শ্রীশিব ওইশ নংবু খুরুমজরি ॥ (ক)

মতৌ অসুম্না শ্রীগৌর শ্রীঅদ্বৈত অনিনা মহৈ মহৈ খুরুমনৈ। প্রভুবু অদ্বৈতনা হন্না হন্না নিমন্ত্রনবু তৌই ॥১১॥ শ্রীঅদ্বৈত আচার্যগী বার্ত্তনসি অতক-পনি। শ্রীবৃন্দাবনদাসনা সন্দোক্না লেখরে ॥১২॥ হৃন্তিনবা কিচুনা মতবু লেংববু তৌজরে। অতোপ্পা ভক্তশিংনা পুত্না নিমন্ত্রনবু তৌই ॥১৩॥ নোংম নোংমদা ভক্ত অমমমগী মযুমদা মহোৎসব তৌই। মতুদা ভক্তশিংগা লোয়মনা প্রভুনা চাববু তৌই ॥১৪॥ কনানা যুমদগী চাক্না, কনানা জগন্নাথগী প্রসাদি চাক্না সেবা তৌই। মতৌ অসুম্না বৈষ্ণব-শিংনা নিমন্ত্রনবু তৌই ॥১৫॥ থা মরিবু লৈরগা পুম্নমক প্রভুগা লোইনদুনা। শ্রীজগন্নাথগী অয়াম্বা যাত্রা - (ধবক তৌরকপ) বু য়েংদুনা য়াম্না নুংঙাইরী ॥১৬॥ মতৌ অসুম তৌদুনা কয়া নুংঙাইন-হরাওনা থামরি হৌখরে। শ্রীকৃষ্ণগী জন্মদা প্রভুনা গোপ-শী ফিজেৎ শেৎদুনা ॥১৭॥ শ্রীকৃষ্ণজন্ম তুমিত্তা ১দি শ্রীনন্দগী মহোৎসবতা। অয়াম্বা ভক্তশিংবু পুত্না গোপগী ফিজেৎ শেৎদুনা প্রভুনা ॥১৮॥ শঙ্গোম অনৌবা — 'অক্রূরবু লুম্না প্মমক্না শ্রীগৌরাঙ্গনা মহোৎসবকী মকখদা হরি হরি শোন্দুনা লাকলে ॥১৯॥ শ্রীকানাঞি খুটিয়ানা শ্রীনন্দগী ফিজেৎ সেদুনা লৈরে। শ্রীজগন্নাথ মাহিতীনা শ্রীযশোদারাণী ওইরে ॥২০॥ প্রতাপরুদ্র মশামকসু অমদি কাশী মিশ্র। সার্ব্বভৌম অমদি পড়িছাপাত্র তুলসী পাত্র কৌবা ॥২১॥ মখোই-শিংসিবু লোইনদুনা প্রভুনা নুংঙাইনা জগোই শারি। চাইনদুনা শঙ্গোম অফম্বা অনৌবা য়াইওং মহিনা পুম্নমক্কী মশাদা চোংখ্রে ॥২২॥ শ্রীঅদ্বৈতনা হায় - অচুম্বা হায়বদা শাওবা তৌগন। যদসেন জৈবু হায়বদা ওমলবা মতমদা গোপনি থংগনি ॥২৩॥ মতমদুদা যদসেন জৈবু লৌদুনা প্রভুনা হাযবা তৌকলে। হন্না হন্না আকাশদা লংখংলে চোংখত্তুনা ওকলগা ॥২৪॥ কোকথক্তা মাথা তুংদা নাকল অনিদা। থোংলক্তা যদসেনজৈ হায়বা উবদা মীয়াম্না নোকই ॥২৫॥ আলাত (মৈহুম) চক্রগী মতৌগুম্না যদসেনজৈ লৈংনা হাইরি। অয়াম্বা মীশিংনা উবদা পুক্নিংদা অঙকপা ফংলে ॥২৬॥ মতৌ অদুম্না নিত্যানন্দনা যদসেনজৈবু হাইদুনা লৈরী। মখোই অনিগী গোপগী পুক-চেনগী অথুম্ববু কনানা থংগবা ॥২৭॥ প্রতাপ-রুদ্রগী য়াথংদগী পড়িছা তুলসী পাত্র অনিনা। শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদ কি অমা পুদুনা লাক্লে ॥২৮॥ থাদুনা মমল য়ামলবা ফিদো প্রভুগী কোক্তা থোল্লে। অদ্বৈতমচিংথা অয়াম্বা প্রভুগী মনাইশিংদা কি থাহল্লে ॥২৯॥ শ্রীকনাঞি খুটিয়া শ্রীজগন্নাথ মাহিতী মখোইনিনা। পুক্নিং চংদুনা যুমদা লৈবা অয়াম্বা লনম্ভ য়েত্তোকলে ॥৩০॥ উবদা মহাপ্রভুনা য়াম্না অপেনবা কর্ষে। ইপা ইমানি থংনা প্রভুনা মখোয়নিগীদমক্তা খুৎকী ॥৩১॥ থোইদোক্না চাদুনা প্রভুনা শচীমাবুসিংদা লাকলে। মতৌ অদুম্না শ্রীগৌর কুৎনা শাদুনি

॥৩২॥ মেয়াগী পালথংলকপা তরানি পান্বা লঙ্কাগী বিজয় সুমিত্তা ভক্তশিংনা লানমি ওইহনা প্রভুনা পুহনা ॥৩৩॥ প্রভুনা হনুমান ওইহনা অচৌবা উশা পাইহনা। চেকপনবু লঙ্কাগীনি কাখংলি চেকপলবু থুগাইহনা লংথাই ॥৩৪॥ কনাদা হে রাবন। প্রভুনা অশাউবদা চংহনা হায়। পাপী জগৎকী মম' হরালবা, শাগে লোইননা হাংলবনি ॥৩৫॥ প্রভুগী চংলিবা পুক্লিংদো উবদা মীয়াম্না হকথরে। মী পুম্নমক্না রাস শান্নবা সুমিত্তা অমদি থাংমৈ ময়ামগী সুমিত্তা। হরিগী হৌগংপা সুমিত্তা অমদি থাংমৈ ময়ামগী সুমিত্তা। হরিগী হৌগংপা সুমিত্তা পুম্নমক্সি য়েংলিবনি ॥৩৭॥ নোংমদি মহাপ্রভুনা শ্রীনিত্যানন্দবু পুহনা। অচিকপদা কম্নগা মচিন্-মনাও অনিনা থমৈ ॥৩৮॥ অনিনা করিবু তান্নবনো, কনানা থংদে। মমৈদা ভক্তশিংনা কোম্না চাংদম্নবৃই ॥৩৯॥ মতমদুদা ভক্তশিংবু কৌসন্দুনা শ্রীমহাপ্রভুনা। পুম্নমক্তা গৌড দেশদা চংলো বিদায়বু তৌরকলে ॥৪০॥ ভক্তশিংদা প্রভুনা চহি খুদিংগী লাকউ হায়। ঐগা লোইনহনা গুন্দি চাদা চত্তুনা য়েংমিন্নসি ॥৪১॥ প্রভুনা ইকাই খুম্না অদ্বৈতদা য়াথংবু পীরকই। চণ্ডালনচিংবদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তিবু পিবিউ ॥৪২॥ শ্রীনিত্যানন্দদা য়াথংঅমুক পিরে-গৌড দেশদা চংলো। অমকপা লৈত্রবা প্রেম ভক্তিবু কোংদোকপা তৌ ॥৪৩॥ রামদাস গদাধরনচিংবা মী কম্না মরুম্না। নংগী তেংবাংনবগীদমক্তা নংগী লোইননবা পিগনি ॥৪৪ মরক্-মরক্তা ঐনা নংগী জগোইদা লাকনি। থংহজনা লৈরগা নংগী জগোইবু য়েংলগনি ॥৪৫॥ শ্রীবাস পণ্ডিতপু প্রভুনা কোনবীববু তৌই। খৌমিদা কোন্দুনো মতোন্দা থুমলবা রাহৈনো হায়রকই ॥৪৬॥ নংগী মুন্দা সঙ্কীর্ত্তনদা নিত্তিগী ঐনা [illegible] শারগনি। নংনা উবা কগনি অতোপ্পা কনানা উবরোই ॥৪৭॥ কি অসিনু ইশাগা প্রসাদি শিংগা লোইননা পিয়ুকো। মতৌবং তৌজনি ইকাবা ঐগী অকাইবশিংবু ভাকপীউ ॥৪৮॥ মাগী [illegible] সেবা থাদোক্তুনা ঐনা সন্ন্যাসবু তৌরিবসে। লমচং নত্তে ঐনা ঐগী লমচংপু মাংহন্নবনি ॥৪৯॥ মাগী প্রেম্না থুহম চন্নবা ঐনা মাগী সেবানা লমচংনি। মহুবু থাদোক্তুনা অম্তাওবগী থবকপু তৌবনি ॥৫০। অভাওবা অভাংবী অকাইবদি মমা-পা লৌদে। অসি থংনা ইমানা ঐবু পেন্বীগনি ॥৫১॥ করি থবক্তী সন্ন্যাসনো। ঐগী ইবন প্রেমগী দমকনি। সন্ন্যাস তৌবা মতমদুদা পুক্লিংনা ময়াই কারহনি ॥৫২॥ নীলাচলদা লৈবা ঐনা মাগী য়াথংদগী। মরক্ মরক্তা চংলুই মাগী চবণব উজরুই ॥৫৩॥ ঐনা মহাপ্রভুগী চরন্দা নিত্তিগী চংতুনা য়েংগে। মহুদা ইমানা ভাবনা উবনি ফাওবসি হায়না অরেপ্পনি য়াদে ॥৫৪॥ নোংমগী সুমিত্তা ফৌবেল চেংগী চাক্ ইনশাং মথেন মডা তরেং। শাক-লফুথরো-সেবোং থোংবা নিম্ব মতোন থোংবা ॥৫৫॥ হৈজাং-শিং-চিনি দধি শঙ্গোম্ অফম্বা-চিনি-অকেংবা। শ্রীশালগ্রামদা কংলবা অয়াম্বা পোংলমশিং ॥৫৬॥ প্রসাদিবু কোন্সিন্নগা ঐবু কৌহনা কপলকই। অম্রক যাম্বা ঐগী ইনশাংসি নিমাত্রিনা চানি'বনি ॥৫৭॥ নিমাত্রি লৈতরে যুমদা, কনানা চাববু তৌগবা? অম্নম্না ঐবু নিংবদা মিত্তা তারকপা পীনা মিং থল্লে ॥৫৮॥ থুনা চত্তুনা ঐনা পুম্নমক্তো লোইনা চাথোকলে। মী তৈথে রুবদা করিম্ন লৈতবদো হমানা উবে ॥৫৯॥ কনানা চাক্-ইনশাংবু চাথ্রবা, করিগী চালুক্ত লৈত্রিবা? চানবা পুম্নমক্তো গোপালনা চাখ্রবনি অম্নম্না থংলে ॥৬০॥ ঐগী পুক্লিংগী রা করিনো অতকপদা চংখ্রে। করিনো কনাগুম্বা জীবা শাক্তুনা লোইনা চাথ্রবরা ॥৬১॥ করিনো ঐনা তত্তুনা চাক্লুক্তা চাকপু থেন্গজ্রবরা। অসি থমদুনা থোংনবা পাত্রদা চত্তুনা য়েংলুবদা। থোংনবা পাত্রদা

চাক ইনপাংবা থম্না নৈবা উয়ে। উঙুনা চিংনচুনা খক্তিক পুল্লিনা ওকই ॥৬৩॥ ইশান্না থোং ওইহুনা অমুক হন্না তৈথোক্লবা মফমদা। অমুক হন্না শ্রীবালগোপালনা জুক কৎলি। ৬৪ ॥ অথোইবা পোংবা মত্তমন্নুনা মতৌ অশুমনা তৌই। ঐ ু চাহন-নিংবদগী অপাম্বনা ইমানা কপই ॥৬৫॥ মাগী প্রেম্না পাতুনা ঐন্তোন্দা পিজববু তৌই। থমোইদা মুত্তাইনা খল্লি মপান্দা থন্দে ইমানা ॥৬৬॥ হন্নকী ক'ক মাত্রাসিদা অসিগুম্বা মতৌসি ওইথি। মত্তোন্দা হঙলগা ইমাবু খাজববু তৌহল্লু ॥৬৭॥ অমুকপু হায়বদা প্রভুনা অঙকৃপা ওইথরে। মীয়ামগী বিদায়গী দমক্তা প্রভুনা তপথববু তৌরি ॥৬৮॥ রাঘব পণ্ডিতকী মফমদা অধুম্বা য়াহৈনা হায়রকই। নংগী অসেংবা প্রেমজনা ঐনা নংগী মথা পোলবা ওই ॥৬৯॥

প্রভুনা হায় : — মপাকী শ্রীকৃষ্ণগী সেবাগী রাবু মীয়াম পুম্নমক্না তাও। থোইদোক্না য়েংউ সেবাদা য়াম্না পুম্নমক্কগী থোইদোকই ॥৭০॥ অত্তোপ্পা পোংকী নৈসহু য়ুবিগী রাবু হায়গে তাও। মহু মহুদা য়োনবা য়ুবিবু লিকল্লগগু মঙা কাওবা পির পিরহুনা নৈকই ॥৭১॥ মাগী ইথোন্দা পাম্বীদা চা-কয়া হৌরি লক্ষ লক্ষ য়ুবি পাল্লি। ওইহনমকপু তাবা মফমহুদা হাওববা য়ুবীদা ॥ ৭২॥ য়ুবি অমমমদ শিকি।০ অমমম্ মমল পীহুনা নৈকই। ক্রোশ তরা লাপ্পদগী চেকশিন্না তৌহুনা পুরক্কই ॥৭৩॥ য়ুমিং খুদিংগী য়ুবি মঙা তরুকপু থোক্কে ক্লগা। নিংথিনা ইংলবা ঊশিংদা লুপহন্নুনা থম্মী ॥৭৪॥ জুক্তী মত্তমদা অমুক হন্না মোইরবুং [illegible] থোকলগা। শ্রীকৃষ্ণদা মচিন হক্তোক্লগা [illegible] কৎলি ॥৭৫॥ শ্রীকৃষ্ণনা য়ুবি অহুনী [illegible]। [illegible] হায়বা করিগুম্বদা মরি [illegible] ॥৭৬॥ [illegible] য়াওরম্বদবা য়ুবি উহুনা রাঘব পণ্ডিতনা হন্নাওই। য়ুবি থুনাহুনা [illegible]-হন্নগা নিংথিবা পাত্রদা হাপ্লুনা ॥৭৭॥ য়ুবি কৎলি-তৈদা মপান্দা নিংহুনা নৈ। শ্রীকৃষ্ণনা য়ুবি চাগ্রগা পাত্রহু ইহাং হাংলম্মী ॥ ৭৮ ॥ করিগুম্বদা চাকি অমুক হন্না পাত্র থম য়ুবি নৈরম্মী। থাজবা চাওখৎলি পণ্ডিতনা প্রেম মমুক্কদা তাওই ॥ ৭৯ ॥ নোংমগী য়ুমিক্তা য়ুবি তরাথক থোকলগা। হানবা কংকদবগী সেবক্না পুরক্লুনা লাকই ॥৮০॥ অহাংবা নৈতহুনা চাইহাক অপনবা ওইরে। য়ুবি হাক্না পাত্রবু খুৎনা পাইহুনা সেবক্না থোংদা নৈ ॥৮১॥ থোংগী মথক্তা সেবক্না ককপাংদা খুৎনা পাইক্করে। মথুং অহুনা য়ুবিদা শোকপা পণ্ডিতনা উরে ॥৮২ পণ্ডিতনা হায় থোংদা মী হঙং হন্দা চৎলিবনি। মাগী থোংগী উক্তুন্না পাইথহুনা ফকসাংগী মথক্তা পকই ॥৮৩। ফক্লাং অদুদা পাইক্কবা নখুৎনা য়ুবিদা শোক্লে। শ্রীকৃষ্ণদা মতিক চাত্রে য়ুবিদো শেংদবা ওইরে ॥৮৪॥ অসি হায়দুনা য়ুবিদো চেকপল ল ম্না হন্দোকথরে। অশুম্না অসেংবা প্রেম সেবা-জনা জগৎতগী ওমজৈ ॥৮৫॥ মত্তমদুদা অত্তোপ্পা য়ুবিবু থোক্তোক্তুনা। য়াম্না সেংনা তৌদুনা য়ুবি হানমথা শ্রীকৃষ্ণদা কৎলি ॥৮৬॥ মতৌ অশুম্না লফোই, হৈনৌ ফৌহৈরী, থৈবোং। অরাম্বা থুম মদু মদুদা নিংথিনা নৈ তাবদা ॥৮৭ ॥ মমল য়াম্না পিহুনা চেকশিন্না লোক্ক-লোকরগা। য়েক্তো থোক্তোক্লগা কহুনা হায়কৈ। মতৌ অশুম্না ইন-খাংগী খাক্-মনা মহৈ মপান। মতৌ [illegible] চেংপাক-কবোক-[illegible] পুম্নমক্তা ॥৮৮॥ [illegible] অশুম্না অথুক [illegible] চাকসু। [illegible] [illegible] পুম্নমক্কগী [illegible] কৎলি [illegible] [illegible]

[illegible]

তথাহি—পদ্যাবল্যাং ১৮ অঙ্কধৃত শ্লোকঃ।

**আকৃষ্টিঃ কৃতচেতসাং সুমহতামুচ্চাটনং চাংহসামাচাণ্ডালমমূকলোকসুলভো বশ্যশ্চ মুক্তিশ্রিয়ঃ।**
**নো দীক্ষাং ন চ সৎক্রিয়াং ন চ পুরশ্চর্য্যাং মনাগীক্ষতে মন্ত্রোঽয়ং রসনাস্পৃগেব ফলতি শ্রীকৃষ্ণনামাত্মকঃ ॥২॥**

**অন্বয় ঃ**— কৃতচেতসাং—পুক্নিং লাকশিন্নবশিংগী, আকৃষ্টিঃ— চিংলবা, সুমহতাং— মতিক চাওরবা, অংহসাং—পাপশিংবু, উচ্চাটনং— মরু ফুকপা, আচাণ্ডালম্ —চণ্ডাল ফাওবা, অমূকলোকানাং— মরোল থোকপা মীগী মথৈগী, সুলভঃ—হোংবা, চ—অমসুং. মুক্তিশ্রিয়ঃ— লানবা ইনাক খুন্নিংববু, বশ্যঃ— খুদুম চল্লিবা, অযং— অসিগুম্বা, শ্রীকৃষ্ণনামাত্মকঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা নাম্বু, মন্ত্রঃ—দীক্ষামন্ত্রবু, নোদীক্ষাং— তাকপবু য়েংদে, নচ সৎক্রিয়াং—অফবা থবকপু য়েংদে, নচ পুরশ্চর্য্যাং—হান্না ফহনববুসু য়েংদে, মনাক্ —খজিক্তং, অন্য—অতোপ্পবু, ন ঈক্ষতে—য়েংদনা, রসনাস্পৃকএব— লৈএংনা শোকপদা লেপনা, ফলতি —মহৈ প্রেম্বু ফংহ্ঙি। ইতি ॥২॥

গন্ধ চন্দন, ফি লৈতেং পোং অয়াম্বা মকুওইবা পোং ॥৯১॥ মতৌ অসুমনা চাংদমনিংঙাই লৈতন— প্রেমগী সেবা তৌই। মহুবু উবদা মীয়াম পুম্মকী মিৎপু ইংলি ॥৯২॥ অসি হায়রুনা রাঘবতা কোনববু তৌবি। মতৌ অসুমনা অয়াম্বা ভক্তশিংবু ইকাই খুমনৈ ॥৯৩॥ ইকাই খুম্নন। শিবানন্দসেন্দা প্রভুনা হায়। বাসুদেবদত্তগী নংনা মতোন লোয়না তৌবিয়ু ॥ ৯৪ ॥ য়ামনা পীনহৈবা মানা অহুম্না লোংমদা লাকপা অহুবু। সুমিৎ অহুদা চৎনথোকই মথাক থমহৌদে ॥৯৫॥ মাদি যুমলিংলিবনি য়াবমথৈ তানসিন্নিংগদবনি। তানসিন্নবদি মাগী মীশিংদি য়োক্লরোই ॥৯৬॥ মহাককী মযুমগী চৎখিবা লাকইবসিবু নংগী নফমদা লোইনা থম্মু। থৎক পুম্নমকপু সিন্‌বা ওইহ্নুনা নংনা মতোন্ লোয়না তৌবিয়ু ॥৯৭॥ চহি খুদিংগী ঐগী অয়াম্বা ভক্তশিংবু পুক্লনা। গুণ্ডিচাদা লাকপদা পুম্নমককী ডাকশেন্নুনা পুরকউ ॥ ৯৮ ॥ কুলীনগ্রামদা লৈবশিংদা ইকাই খুম্না প্রভুনা হায়রকই। চহি খুদিংগী [illegible] [illegible] পৌরিয়ু পুক্লনা [illegible] ॥ ৯৯ ॥

গুনরাজখান্না, শ্রীকৃষ্ণবিজয় কৌবা লাইরিক লেংই। মহুদা প্রেমগী মশক ওইবা য়াহৈ অমা মাগী লৈ ॥১০০॥ শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী থয়াইগী মপুনি। য়াহৈ অসিদা ঐবু য়োম্মোক্লবনি মাগী শাগৈগী কৈথেন্দা ॥১০১॥ নংগী কবি য়ানো, নংগী ৎুনগী হুই লৈদ্রিবা। মহু ফাওবা ঐগী চান্নবনি অতোপ্পা মীদি লাপনা লৈখিসনু ॥ ১০২ ॥ অমদি সত্যরাজখান রামানন্দনা মতম অহুদা। প্রভুগী শ্রীচরন্দ খজিক্তং ওইনা য়া হঙ্গংলকই ॥১০৩॥ যূমলিংলিবা বিষয়দা লৈবা ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী দমক্তা কবি থৌরাংগনি? হে প্রভু! শ্রীমুখনা য়াথং পীবিউ চরন্দা হঙ্গংচরি ॥ ১০৪। প্রভুনা হায় শ্রীকৃষ্ণ সেবা তৌ বৈষ্ণব সেবা তৌ। অতৎপা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণগী নামবু শোল্লু ॥১০৫॥ সত্যরাজনা হায় বৈষ্ণবপু করম্না খংগদবা? কনাবু বৈষ্ণবনো হায়রু মাবু অচম্বদা তাকউ। ১০৬ ॥ প্রভুনা হায় মাগী মচিন্দগী অমুক্তং কৃষ্ণগী নাম তারবা, মা বৈষ্ণবনি। শ্রীকৃষ্ণগী নামবু পুজা তৌরবা মানা পুনময়ুগী অথোইবনি ॥১০৭॥

শ্রীকৃষ্ণগী নাম অমত্তনা অয়াম্বা পাপপু মাংহল্লি। ভক্তিগী অঙ্গ মাপন্না নামদগী মপুং ফাবা ওই ॥ ১০৮॥ তাকপা হান্না ফনবা তৌবা রায়েল য়েংহৌবা তৌদনা। লৈয়েংদা শোকপদা শ্রীকৃষ্ণগী মামনা চণ্ডাল য়ৌনা পুন্নমক সেংই ॥ ১০৯ ॥ নাম শোনবগী মতুং ইনবা মহৈনা সংসারবু মাংই। শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনবনা পুক্নিংবু চিংসিন্দুনা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমবু থোকই ॥১১০॥

অনুবাদঃ।—পুক্নিং লাকসিন্নবশিংগী পুক্নিংবু চিংলবা মহিক চাওরবা পাপশিংবু মরু ফুকপা চণ্ডাল ফাওবা য়রোন থোকপা মীগী মথৈগী হোং-লবা অমম্বুং অরানবা, ইনাক খুন্নিংবা সম্পত্তিবু খুত্তম চল্লিবা অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মশক ওইবা নাম্বু দীক্ষা-মন্ত্রবু তাকপা, ফনবা তৌবা, অফবা খবকপু, খজিত্তংবু য়েংদনা লৈযেংনা শোকশদা লেপনা মহৈ প্রেমবু ফংডি। ইতি ॥২॥

মরমসিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু মাগী মচিন্দা অমুক্তং শোন্নবা। মীদো বৈষ্ণবনি মাবু থোইনা ইকাই খুম্না সেবা তৌগনি ॥১১১॥ খণ্ডগী শ্রীমুকুন্দদাস শ্রীরঘুনন্দন কৌবা। শ্রীনরহরিদাস, অহুমসিনা মরুওইবা মীনি ॥১১২॥ শ্রীমুকুন্দদাসদা শ্রীশচীগী মচানা হংই। নংনা মপারা শ্রীরঘুনন্দনা নংগী—মচারা? ১১৩॥ করিনো রঘুনন্দন্না মপারা নংনা মহাককী মচারা? লেপলগা হায়উ চিংনবসি কোকহল্লু ॥১১৪॥ মুকুন্দনা হায়—রঘুনন্দন্না ঐগী ইপা ওইরে। ঐনা মাগী মচানি মসিনা ঐগী অরেপ্পনি ॥১১৫॥ ঐখোয় পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণভক্তিবু রঘুনন্দনগী ফংই। মরম অসিনা রঘুনা ইপানি ঐগী অরেপ্পনি ॥ ১১৬ ॥ তাবদা হরাওনা প্রভুনা হায়—অরেপ্পনি হায়রিবদো। মতোন্দগী শ্রীকৃষ্ণ-ভক্তিবু কনবা মানা গুরু ওই ॥১১৭॥ ভক্তগী মহিক মায়নবা প্রভুনা খুংহাইবা ফংডি। ভক্তগী মহিক হায়বদা চিন মঙা ওই ॥১১৮॥ ভক্তশিংদা প্রভুনা হায়, তাও মুকুন্দগী প্রেমসি। শ্রীকৃষ্ণবু থুম্না লুনা থুংশিনবসি ফুদোংলবা সন্নাগুম্বনি ॥১১৯॥ মপান-দদি নিংথৌগী মাইবনি মান্না নিংথৌগী সেবাবু তৌই। মহাককী থমোইদা শ্রীকৃষ্ণবু থুংশিনবদো কনানা খংগনি ॥১২০॥ নোংমা ভুমিস্ত্রা পাওন নিং-থৌগী অরাংবা শগাইদা লৈ। মহাককী মমাংদা হৌদাককী রা অমা হায় ॥১২১। মতম অদুদা রাহোংগী মতু উবদা মুকুন্দসি প্রেমদা চংবা ওইরে। অরাংবা শগাইদগী লৈথাক্তা তারকলে ॥ ১২৩ ॥ নিংথৌনা থল্লি নিংথৌগী মাইবগী অশিবা ওইরে। নিংথৌ মহাকনা কুমথরগা জ্ঞান তাহল্লে ॥ ১২৪ ॥ নিংথৌনা হায়, করম্বা মকমদা নংনা অরাবা ফংবা মুকুন্দনা হায়—য়ামনা থোইদোকনা অরাবা ফংদে ॥১২৫॥ নিংথৌনা হায়, মুকুন্দ। নংনা মরম করিদগী তারিবনো। মুকুন্দনা হায় ঐগী শারৈ হৌবা অনাবা অমা লৈ ॥১২৬॥ য়ামনা হৈ-শিংবা নিংথৌনা অসি-গুম্বা রাডাংদো লোইনা খংডি। মুকুন্দদা য়ামনা পাংলবা রাথন্না মাগী ওইরে খনখি ॥১২৭॥ অদুগা রঘুনন্দন্না মন্দিরদা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু তৌরি। মাগী হোজংথোংদা পুখ্রিগী মপাল চল্লিবা 'সিড়িগী' মনাক্তা ॥১২৮॥ কদম্ব পাম্বী অমথক থা তরানি-থোই শাংলি। নিত্তিগী মপাল অনিনা শ্রীকৃষ্ণগী নাচোম থোল্লি ॥১২৯ ॥ মুকুন্দদা থুমলবা রাহৈনা অমুক প্রভুনা হায়। নংনা চংকদবনা তৌরিবা খবক অদুনা লনবু তানশিন্নো ॥১৩০॥ রঘুনন্দনগী খবক্তা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাবু তৌও। শ্রীকৃষ্ণগী সেবা নত্তনা অতোপ্পদা মাগী পুক্নিংনা লৈত্তে ;১৩১॥ শ্রীনর-হরিনা ঐগী ভক্তশিংদা লোয়নদুনা লৈরো। অসি-গুম্বা খবক অহুমদা নথোক্ত অদুম্না ভক্তগী তৌরো ॥১৩২॥ সার্ব্বভৌমনে বিদ্যাবাচস্পতিনে হচিন মনাও অনিনি। মখোয় অনিমক্তা ...

প্রভুনা হায় ॥১৩৩॥ শ্রীকৃষ্ণনা শ্রীজগন্নাথ, শ্রীগঙ্গা অনিসি থৌজিক ওইতুনা ফোংতোকই। উবদা, শ্রীকৃষ্ণবদা জীবশিংগী অরালবনি ॥১৩৪॥ শ্রীকৃষ্ণনা সংসংনা ক্ষেত্রদা অশাবা শ্রীজগন্নাথ ওইরি। শ্রী-কৃষ্ণনা সংসংনা গৌড়দেশদা ভাগীরথীগঙ্গাসি মায়না ওই ॥ ১৩৫ ॥ সার্ব্বভৌমনা শ্রীজগন্নাথবু সেবা থৌগল্লো। বিদ্যাবাচষ্পতিনা ভাগীরথী গঙ্গাবু সেবা তৌরো ॥১৩৬॥ মুরারিগুপ্তদা প্রভুনা কোনবিববু তৌই। মাগী ভক্তিনা চেৎপা ঐ হায়গে ভক্তশিংনা তাও ॥১৩৭॥ মমাংদৈদা ঐনা মতোন্দা শ্রীকৃষ্ণবু হন্না হন্না পামহল্লি। হে গুপ্ত! শ্রীনন্দগী মচানা অথোইবনি চানহৈবনি ॥ ১৩৮ ॥ শ্রীকৃষ্ণনা মতোমতনা ওনথোকপনি পুন্নমককী থোককম জিককম য়াংয়েনবনি। সেংলবা মক্তবা য়ামনা মুংশিবা অপেনবগী মশকনি ॥ ৩৯॥ শান্নহৈ, হৈ-শিংই, তপই রস চারবশিংগী কোক্কী শৈতেংনি। অয়েপপা গুণগী মপৈ রম্ভ পুন্নমককী মশকনি লৈফমনি ॥১৪০॥ শ্রীকৃষ্ণগী লমচৎ মুংশি শান্নরক পবু অমৃতনি। হৈ শিংই, শান্নহৈ মাদি রাস লীলাতা শান্নে ॥১৪১। অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণবু নংনা নিংউ শ্রীকৃষ্ণদা চংজো। শ্রীকৃষ্ণবু থৌগনবা নত্তনা পুক্নিংদা লৌগম্মু ॥১৪২॥ মতৌ অমুমনা হন্না হন্না হায়বসি তারবদা। ঐবু ইকাই খুম্নবদগী খজিক্তং পুক্নিংনা নৈসিল্লকলে ॥১৪৩॥ মানা ঐতোন্দা হায়, ঐসে নংগী ননাইনি। নংগী য়াথংবু ইগ্নবনি ঐদি ইনিং তমজদে ॥১৪৪॥ অসি হায়রমলগা মযুমদা চংখ্রগা অহিংগী মতমদা খল্লি। শ্রীরামচন্দ্রবু থা-দোকনি থনবদা অশুকপা ওইখ্রে ॥১৪৫ ॥ শ্রীরঘু-নাথগী শ্রীচরণবু কদায়না থাদোকসিবা? হে রাম ভজিনী অহিংদা, শিববু তৌহলবিয়ো ॥১৪৬॥ মতৌ অহুম্না অহিং চুপনা কপ্পুনা লেপ্লে। পুক্নিংদা মুং-ঙাইতনা, অহিংদো মীসেন থাংলে ॥১৪৭॥ লাক্কুনা মুরারিনা নোংডানবা মতমদা ঐগী খোংদা পামহুনা কপ্প-কপ্পদুনা খজিক্তং য়াবু হায়রকই ॥১৪৮॥ ঐনা শ্রীরঘুনাথগী শ্রীচরন্দা ইকোকসি য়োম্থোকখ্রে। ইকোকপু মুম্থোক্কদবদা ওমদ্রে, পুক্নিংদা অয়াবা ফংলে ॥১৪৯॥ শ্রীরঘুনাথগী চরণম্ভু থাদোকচবা ওমদ্রবদি। ইবুংঙোগী য়াথংবু কাইবসি কয়াম্বা থৌয়াংবু তৌবগনি। ১৫০ ॥ থৌজান হৈবা নংনা মসিদা ঐতোন্দা থৌজানসি তৌবিয়ো। নংগী মাংদা শিবা ওইহল্লো, চিংন্দবা কোকহল্লো ॥১৫১॥ অসি তাবদা ঐনা পুক্নিংদা য়াম্না অংডাইববু ফংলে। মতম অহুদা মাবু হৌগৎহল্লগা ঐনা কোনংবু তৌই ॥১৫২॥ "কয়ে কয়ে" হে গুপ্ত! নংগী নিংজবদা চেৎলে। ঐগী য়াহৈসিদা নংগী পুকনিংনা হোংদ্রে ॥১৫৩॥ মতৌ অহুম্না মবুংঙোগী চরন্দা মনাইশিংগী মুংশিজগনি। মবুংঙোনা থাদোকহল্লবদস্ত চরণবু থাদোক্লোইদৌবান ॥১৫৪॥ নংগা পুকচেল অয়েম্না খগ্গে হায়বা মরমগীদমক্তা ঐনা নাতোম্দা হন্না হন্না ইনসিনবনি ॥১৫৫॥ নংদি স সংবা শ্রীরামগী মনাই হনুমানান। মাগী শ্রীচরণ থম্বালবু নংনা করিগী থাদোক্কনি ॥ ১৫৬ ॥ অসিগুম্বা মুরারি গুপ্ত অসিনা ঐগী থরাইগা মাপৈ। মহাককী নোল লুকপা তাবদা থরাই কাইবনি ॥ ১৫৭ ॥ মতমহুদা বাসুদেববু প্রভুনা কোনবিবগা। মাগী মগুণবু চিন লিশিং ওইনা হায়রকই ॥ ১৫৮ ॥ বাসুদেব দত্তনা মাগী মগুণ তাজবদা পুকনিংদা ইকাইবা ফংই। প্রভুগী শ্রীচরণ কোম্দুনা য়াবু হঙৎচরকই ॥১৫৯॥ জগৎ লানবিগদবদা হে প্রভু! নংগী অবতারনি ঐগী হঙ্গচবা য়া অমতং লৌথিববু তৌবিউ ॥১৬০ হে প্রভু! তৌগদবদা ওম্বা নংনা থৌজালগী মশক্তি, নংনা পুক্নিংনা থনবদো তৌবা মতমদা য়ারোই ॥১৬১॥ জীবশিংগী অয়াববু উবদা ঐগী থমোইদা কায়থয়ে। হে প্রভু! জীজশিংগী পাপ পুন্নমকপু

তথাহি—ব্রহ্মসংহিতায়াং ৫ অং ৬৩ শ্লোকঃ।

যস্ত্বিন্দ্রগোপমথবেন্দ্রমহো স্বকর্ম- বন্ধানুরূপফলভাজনমাতনোতি।
কর্ম্মাণি নির্দ্দহতি কিন্তু চ ভক্তিভাজাং গোবিন্দমাদিপুরুষং তমহং ভজামি ॥৩॥

অন্বয়ঃ। অহো—ওন্থোকপনি, যং—মানা, ইন্দ্রগোপং— লাংথ্রিকপু, অথবা— অমদি, ইন্দ্রং—ইন্দ্রবু, স্বকর্ম্মবন্ধানুরূপ ফলভাজনং— মা মাগী তৌরুবগী মহৈ চাববু, আতনোতি— তৌহল্লি, কিন্তু চ—তৌইগুম্বল্লং, ভক্তিভাজাং—মনাইশিংগী কর্ম্মানি—তৌরুবগী মহৈব, নির্দ্দহতি— মাংহল্লি, তং—অদুগুম্বা, আদিপুরুষম্—অহানবা নিপা ওইবা, গোবিন্দং—শ্রীগোবিন্দবু, অহং—ঐনা, ভজামি—নিংজরি। ইতি ॥৩॥

ঐগী কোক্তা পীবিরো ॥১৬২॥ জীবশিংগী পাপপু পুহনা ঐনা নরক্কী চিঞ্জাকপু চারুগে। হে প্রভু জীবশিং পুম্নমকনা সংসারগী অনাবা কোক্লসন্নু ॥১৬৩॥ অসি তাবদা মহাপ্রভুগী পুক্লিংনা পেৎথরে। পি তাই, নিকই, হিক-হিক লাওই, খর কায়না বা হায়রকই ॥১৬৪। হায়রিবদো অঙকপা নত্তে, নংদি প্রহ্লাদনি। নংগী নথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী থোজাম্না মপুংফাররবনি ॥ ১৬৫ ॥ অহুনা মনাইনা নিবা মহুবু শ্রীকৃষ্ণনা লেপনা তৌই। মনাইগী অপাম্বা থুংহলবা নত্তনা কৃষ্ণনা অতোপ্পবু তৌদে ॥১৬৬॥ ব্রহ্মাণ্ডগী জীবশিংবু নংনা লালবিবা পামমিবদো ॥ নংবু পাপকী চিঞ্জাক নত্তনা কৃষ্ণনা পুম্নমকপু লালবিরগনি ॥১৬৭॥ ঙমলোইদবা নৈতে, শ্রীকৃষ্ণনা তৌবা ঙমবা লোইনা পুরি অমনি নংবু করিগী পাপকী মহৈবু পিজরুগনি ॥১৬৮॥ মখোয়গী কনবা পাম্বা অদুম্বা নংনা বৈষ্ণবনি। বৈষ্ণবকী পাপ পুম্নমকপু শ্রীকৃষ্ণনা লাপনা লৈংল্ল ॥ ১৬৯ ॥

**অনুবাদঃ** ।— শ্রীব্রহ্মানা—ওন্থোকপনি শ্রীকৃষ্ণ মানা লাংথ্রিকগীনা অমদি ইন্দ্র-লাইগী নিংথৌ কাওবা মা-মাগী তৌরুবগী মহৈ চাবব তৌহল্লি। তৌইগুম্বল্লং মনাই ভক্তশিংগী অমদি অকাইবা—তৌরুবগী মহৈবু মাংহল্লি। অদুগুম্বা অহানবা নিপা ওইবা গোবিন্দবু ব্রহ্মা ঐনা নিংজরি। ইতি ॥ ৩ ॥

নংগী নিংলিবা অদ্ৎনা ব্রহ্মাণ্ডবু লালবিবা ওইগনি। পুম্নমকপু লানবিবদা শ্রীকৃষ্ণগী করিম্নু অরাবা লৈরোই ॥১৭০॥ হৈবোং পাম্বী অমদা মহৈ কোটিনা পানবা। অদুগুম্না বিরজাগী ঈশিংদা ব্রহ্মাণ্ড কোটিনা তাওরি ॥ ১৭১ ॥ মতম অদুদা মাগী মহৈ অমা কেন্দুনা মাংথিবদা ওইদ্রনামকপু উপাম্না মাগী ময়েং তাবদো থদ্দে ॥১৭২॥ অদুগুম্না মতমদুদা ব্রহ্মাণ্ড অমা লালথিবা। অদুমকপু থজিক্তং মাংবনি শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিংদা লৌদে ॥ ১৭৩ ॥ লোম্বা লৈতবা তৌবা ঙম্বা শ্রীকৃষ্ণগী বৈকুণ্ঠনচিংবা লৈকমনি। মদুগী কোয়সিনবা থাঙ্গমপাং ওইবা মাগী মমিং পোকফম সমুদ্র কৌই ॥১৭৪॥

মদুদা মায়াগা লোয়ননা লোমদবা ব্রহ্মাণ্ডশিংনো তাওরি। থাঙ্গমপাক্তা হঙ্গাম মক্কনা থনবা চদুতাওবগুম্না ॥ ১৭৫ ॥ মাগী হঙ্গামমরু অমত্তং মাংবদা মাংই নিংদে। অদুগুম্বা ব্রহ্মাণ্ড অমা মাংবদা শ্রীকৃষ্ণগী ময়েং তাদে ॥১৭৬॥ মতম অদুদা ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্কা লোয়ননা মাগী মাংবা ওইবা। ওইদ্রনমকপু শ্রীকৃষ্ণনা থজিক্তং ময়েং তাই থদ্দে ॥ ১৭৭॥ কোটি কামধেনু লোইবা মপুগী মাঙ্গোদ অমা শিবগুম্বনি। তৌবা ঙমথোকপা তক্ককী মপু শ্রীকৃষ্ণগী মায়ানা করিবু তৌগনবা ? ॥১৭৮॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্ক ৮৭ অঃ ১০ শ্লোকঃ।

জয় জয় জহ্যজামজিত দোষগৃভীতগুণাং ত্বমসি যদাত্মনা সমবরুদ্ধসমস্তভগঃ।
অগজগদোকসামখিলশক্ত্যববোধক তে কচিদজয়াত্মনা চ চরতোঽনুচরেন্নিগমঃ ॥৪॥

অন্বয় —অজিত—ঙমদদবা, জয় জয়—নংনা অঙম্বনি অঙম্বনি, অগজগ দোকসাং—অচংচত্তা জীবশিংগী, দোষগৃভিতগুণা'— অকাইবগীদমক্তা গুণবু লৌরিবা, অজাং — মায়াবু, জহি — মাংহল্লু, যং—মরম অহুদগী, ত্বং—নংনা, আত্মনা—নতিক্না, সংবরুদ্ধ সমস্তভগ' - তৌবা ভম্বা পুন্নমকপু নঙোন্দা ফাহুনা থম্বা, অসি—ওই, অখিলশক্তি অববোধক—ঙমখোকপা পুন্নমকপু ফোংতোকপা হে কৃষ্ণ, কচিৎ —কবিগুম্বদা, অজয়া—মায়াগা পুন্না, চরত'—শান্নরিবা, আত্মনাচ—মায়া পক্তবা নংনস্থু তৌরিবদো, তে —নংবু, নিগমঃ—বেদনা, অনুচরেৎ— থোকহনগদবা ওই। ইতি ॥৪॥

অনুবাদঃ —হে ঙমফদবা। নংনা অঙম্বনি অঙম্বনি অচংচত্তা জীবশিংগী অকাইবগীদমক্তা গুনবু লৌরিবা, ময়াবু মাংহল্লু। মরম অহুদগী নংনা নতিক্না তৌবা ভম্বা পুন্নমকপু নঙোন্দা ফাহুনা থম্বা ওই। ঙমখোকপা পুন্নমকপু ফোংতোকপা হে কৃষ্ণ,। কবিগুম্বদা ময়াগা পুন্না শান্নরিবা অমসুং মায়া পক্তবা নংনসু, তৌরিবদো অহুস্থ বেদনা ফোংতোক্কদবা ওই। ইতি। মতৌ অদুম্না ভক্ত পুন্নমক্কী অহু অহুগুম্বা গুন্দো হায়হুনা। কোনবিহুনা পুন্নমকপু বিদায় পিহুনা চৎখ্রে ॥১৭৯॥ প্রভুবু কাইনবদা ভক্তশিংনা কপ-তুনা ময়ুম য়ৌখ্রে। ভক্তশিংগা কায়নবদা প্রভুগী পুক্নিংনা ব্রাখ্রে ॥১৮০॥ ব্রাশক্নুনা গদাধর পণ্ডিতনা প্রভুগী নাক্তা লৈহোরে। প্রভুনা যামেশ্বরদা শ্রীগোপীনাথগী সেবা তৌহন্দুনা লৈহল্লে ॥১৮১॥ পুরী গোসাঞি, জগদানন্দ স্বরূপ দামোদর। দামোদর পণ্ডিত অমদি গোবিন্দ কাশীশ্বর ॥১৮২॥ পুন্নমক অসিনা থোগন্দুনা প্রভুনা নীলাচলদা লৈরে। নোংঙানবা মতমদা নিত্তিগী শ্রীজগন্নাথবু দরশনবু তৌই ॥১৮৩॥ নোংমা সুমিত্রা প্রভুগী নাক্তা সার্ব্বভৌমনা। খুৎ লোম্নহুনা, মা থজিক্কং শ্রীইনা প্রভুদা হঙংলি ॥১৮৪॥ হৌজিক ভক্ত পুন্নমকসু গৌড় দেশদা চৎখ্রে। হৌজিক প্রভুগী বার্ত্তনসি অহাংবা ওইরে ॥১৮৫॥ হৌজিক ঐগী য়ুমদা থা অমা চুপ্পা প্রাসাদি লৌবিয়ু। প্রভুনা হায় লমচৎ নত্তে, তৌগদবদা ঙমলোই ॥১৮৬॥ সার্ব্বভৌমনা হায় সুনিং কুম্নি ভিক্ষা লৌবিউ। প্রভুনা হায় মদো লম্বোইবগী লমচৎকী মতম নত্তে ॥১৮৭॥ সর্ব্বভৌমনা হায় সুমিং তরামঙালি বার্ত্তন লৌবিউ। প্রভুনা হায় নংগী নোংমগী সুমিত্তং ভিক্ষা তৌগে ॥১৮৮॥

মতমহুদা সার্ব্বভৌমনা প্রভুগী শ্রীচরণদা কোক্ন-হুনা। নোল্লুক্না তৌহুনা তরানিতদি প্রসাদী ফংবিয়ু ॥১৮৯॥ প্রভুনা মথং মথং সুনিং মঙালি মঙানি তাথহল্লগা। বার্ত্তন লৌয়ে সুমিং মঙালি মাগী ভিক্ষাগী নিয়ম তৌথরে ॥১৯০॥ মতমহুক্না সার্ব্বভৌমনা অতোপ্পা য়াবু হঙংলকই। নংগী লোযনবা সন্ন্যাসী তরাথক লৈরিবা ॥১৯১॥ অহুদগী পরমানন্দপুরীগী সুমিং মঙালি ভিক্ষা ঐগী য়ুমদা। হান্না ঐনা নংগী মাংদা বার্ত্তন তৌব্রবনি ॥১৯২॥ দামোদর স্বরূপসে ঐগী মরুপ ওইয়ে। মাগী মরিনি কবিগুম্বদা নংগা লোয়নরকপা কবি-গুম্বদা মতোমতা লাকসনু ॥১৯৩॥ অতোপ্পা সন্ন্যাসী নিপানগী সুমিং লিনি, ২ নিপানি পুন্নমক পুনানা

বার্ত্তন তৌরে। নোংম-নোংমকা মী অমমমনা থা অমা কারে ॥১৯৪॥ মতমতুদা মক্ষম অমদা অয়াম্বা সন্ন্যাসীশিংনা লাক্লবদা। ইকাইখুম্নবা ঙমত্রগা অপরাধতুম কংগনি ॥১৯৫॥ নংনা নমিত্তপা লোয়-ননা ঐগী য়ুমদা লেংবিরকপা। করিগুম্বদা স্বরূপ দামোদরগা লোয়ন্দনা লেংলকপা ॥১৯৬॥ প্রভুগী য়াম্বিবা য়াথং ফংলবদা পুক্লিং য়াম্না নুংঙাইহরে। মুমিং অসিদা প্রভুগী বার্ত্তনবু তৌজরে ॥ ১৯৭ ॥ সার্ব্বভৌমগী মুপীদো বাঠিগী মাতা কৌই। প্রভুগী অথোইবী মনাইনি, মানা মুংশিবদা মমানি ॥১৯৮॥ য়ুমদা লাক্কুনা ভাট্টাচার্য্যনা মতোন্দা য়াথং পিররে। অহিংগী মমৈদগী মুংঙাইনা বাঠিগী মাতানা থোংবা হৌথরে ॥ ১৯৯ ॥ সার্ব্বভৌমগী মমুমদা পোং পুম্নমকনা থম্ন; লৈ। অতুগুম্বা মনা-মহৈ শাক থোংনবা লৌক্কতুনা পুশিল্লকলে ॥২০০ সার্ব্বভৌম-মশামকনা থোংনবগী থৌরাং পুম্নমক তৌই। হৈসিংবী বাঠিগী মাতানা থোংনবগী মরম থংনা থোংই ॥২০১॥ চাকথোং শঙগী মথাদা লুকহা মন্দির অনি লৈ। য়ুম অমমা শালগ্রামগী লুকহা মন্দিরদি ॥ ২০২ । অতোপ্পা য়ুম অমনা মহাপ্রভুগী প্রসাদী ফংফমনি। চিক্ক তৌতুনা অহলবা শাবা মন্দিররনি ॥২০৩॥ মপান্দা থোং অমা মতুদা প্রভুনা লেংসিন্নবনি। চাকথোংশঙলোমদগী থোং অমা চাক য়েল্লক্লবা ॥২০৪॥ চংবী অচৌবগী লারাক অমদা থুদোন কুম্ভ,নিথোহ পাকপা, কোইনা য়াংলবা, সেগাইদবা শুকথালানি। মতুদা চেং সের অহুমগী চাকনা লুকচাও অমা নমলে ॥২০৫॥ শঙ্গোমগী ঘীনা চাককী মথক্তা চাইতুনা মনম মুংশিহল্লে। ঘীনা চালুককী মাম্নকৈ মরিদা চেম্বুনা চংলকপনা সিন থুংলে ॥ ২০৬ ॥ কেয়া মনানা, লকুন্দনা শাবাদোনা তোঙাম্না পরেং ২ থম্মী অয়াম্বা 'হুন্দ্লাং মথেম্না থম্না হাপম্নগা মাইকৈ মরিদা কোইরি ॥২০৭॥ শাক থোংবা মথল তরা, অথাবা নিম্বমনাগী বোল থোংবা। শঙ্গোম গা থোংক্রমগা—মাইরেলগা শঙ্গোম, থোংবা,— বেসন – থোংবা লাফম্না মথেল, । লফুথরো থোংবা, তৌবা মথল মথা য়াম্বা শাক থোংবা ॥২০৯॥ মাইরেল অরিবা, বড়ী মথেম্না-য়ামখ্রিবা হায়বা ঙমদে। মপালগা বোড়ীগা মহৈ - মক মথল মথা যাম্বা মথেল ॥২১০॥ নিম মতোন অনৌবগা বারমসিক থামেম্নগা ঘীদা তৌবা। ফুলবড়ী' সেবোং তৌবা মাইরেল চম্না থোংবা য়েন্দেম্ ঙানবা ॥২১১॥ শগোল হয়াই তৌবা ঘীদা, মুগ - মঙ্গল থোংবনা অমৃতবু হাওহন্দবা। থুম্না সিন্বা বডাদা সিনবা অসিনব। থোংবা মডা তরুক্লি ॥ ২১২ ॥ মুগ বোড়া থুমলবা। ক্ষীর পুলী - নাবী কেল পুলী, অতোপ্পা অয়াম্বা অথুম্বা শন্দেশ ॥ '২১৩ ॥——— কাঞ্জি বডা, শঙ্গোমদা চেংপাক থাদবা, শঙ্গোম অঙৌবদা চগা থাদবা। অতোপপা অথুম অহাওনা য়াম্বদো হায়বদা ঙমত্রে ॥২১৪॥ ঘী নে ইরগা হৌবা শঙ্গোম ক্ষীর লৈপাককী চফু থাম্ন। চঁপাকলা কৌবা লফোই, অঙৌব। শঙ্গোম মতুদা থোক্লবা অনুনবা হৈনৌ থাদবা ॥ ২১৫ ॥ রসলা, মাখোন লৌথ্রবা দধি, সন্দেশনা ঙমথৈ নাইথিদ্রে গৌড় দেশদা ক্ষেত্রদা ফংবা অয়াম্বা অচা-অথককী মথল মথানি ॥২১৬ ॥ থাজনা ভাট্টাচার্য্যনা অয়াম্বা পুম্ন-মক্তো থৌরাংলিববি। অসেংবা ফালগী মথক্তা অসেংবা ফিঙৌনা থারবা ॥ ২১৭ ॥ অতুগী নাক অনিদা ইংনা এনম মুংশিবা ঈশিং থুজাই থম্মী। পুম্নমককী অমম্বং চাক ইনশাংগী মথক্তা তুলসী মঞ্জুরী হাপলে ॥ ২১৮ ॥ অমৃত গুটিকা— অথুম্ব-অহাও সন্দেশ লৌহম্নুরে। শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদী পুম্নমক্তা তোপনা থম্মী ॥২১৯॥ মতম অসিদা—

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কঃ ৬ অং ৩১ শ্লোকঃ ।

ত্বয়োপযুক্তস্রগ্‌গন্ধবাসোঽলঙ্কারচর্চ্চিতাঃ। উচ্ছিষ্টভোজিনো দাসাস্তব মায়াং জয়েমহি ॥৫॥

অন্বয়ঃ— ত্বয়া—নংনা, উপযুক্ত-স্রগ্‌গন্ধবাসোঽলঙ্কার চর্চ্চিতা — থোনথ্রবা লৈ পরেং, চন্দন, ফি, লৈতেং পোৎ ফংবা, উচ্ছিষ্টভোজিনঃ— নংগী প্রসাদী চাজবা, দাসাঃ— মনাই ঐখোয়না, তব— নংগী, মায়াং— মায়াবু, হি—লেপনা, জয়েম—ভমই। ইতি ॥৫॥

মহাপ্রভুনা ইকুজরগা। মাগী থমোই থংলহুনা মংতামতা লেংলক্লে ॥ ২২০ ॥ মতম অদুনা ভট্টাচার্য্যনা প্রভুগী শ্রীচরণবু সেংতোকচৈ। যুমগী মনুংদা প্রসাদী ফংগদবগী প্রভুনা লেংশিল্লে ॥২২১ চাক্কচিংবদো উবদা প্রভুনা অঙকপা ওইরে। ভট্টাচার্য্যদা থজিক্তং মরৈ ভৌহুনা প্রভুনা হায়রকই ॥২২২॥ মীদা ওইরোইদবা অসিগুম্বা চাক ইনশাংনি, মখক অনিগী মনুংদা করমনা থোংলিবা ? ২২৩ ॥ মতম অদুদা লৈরং চামদা মী চামনা থোংবদা। অদুমকপু থুনা থোংবদা অসুক ওইবা চাক ইনশাংসি ভমলোই ॥২২৪॥ ঐনা থনবদা লুক অসি শ্রীকৃষ্ণদা কংথ্রমাম্লে। মতম অদুনা মথক্তা অনৌবা তুলসী মঞ্জুরী তাবা উরে ॥ ২২৫ ॥ লাইবক ফবা নংনি নংগী থৌরাংসি মহৈ য়াম্লে। অসুক ওইবা লুকপু শ্রীরাধাকৃষ্ণদা কচ্চরিবা ॥ ২২৬ ॥ চাক্কী মথক মনম্মা থোইদোক্লা শুঙ্খংলে। মসিবু সংসংনা শ্রীরাধাকৃষ্ণনা হাখিথরে ॥ ২২৭ ॥ নংগী অয়াম্বা লাইবক ফববু কয়ামনা থাগৎসবা। ঐনা শ্রীরাধাকৃষ্ণগী অরেম্বা প্রসাদীবু ফংগদৌরিবসি লাইবক ফবনি। ॥২২৮॥ শ্রীকৃষ্ণগী আসন ফানবু হুগত্তুনা থমখরো। অতোপ্পা পাত্রদা হাপ্তুনা ঐভোন্দা—প্রসাদী পীনরো ॥২২৯॥ ভট্টাচার্য্যনা হায়—প্রভু! অকপা ভৌখিরম্ম। মহৌবু হাখিরবদা কৃপানা লাংজিন্না লুকী অপাংবা ওইগনি ।২৩০। ঐগী থৌরাংবা মখক ঐগী মমলীগী থোংবনা নত্তে। মাগী থৌজাম্না লুকী অপাংবনি মতুংদা অস্নুমনা খংগখি ॥২৩১॥ অসিগুম্বা আসন্দা ফমত্তনা প্রসাদী ফংবিরক্লো। প্রভুনা হায়, মসি শ্রীকৃষ্ণগী পূজা তৌথ্রবা আসনণি ।২৩২ ॥ ভট্টনা হায়, চাকুকা আসনগা চপ মান্নবা প্রসাদীনি। চাকপু চারগা আসন্দা ফম্বা কারি অপরাধনো ? ॥২৩৩॥ প্রভুনা হায়, অদুমকু হায়রে শ্রীভাগবত্তা শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং লৈ। শ্রীকৃষ্ণগী অরেম্বা পুম্নমকপু মনাইনা চাজবা ফংজগদবা ওই ॥২৩৪॥

অনুবাদঃ —শ্রীউদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণদা— নংনা থোনথ্রবা লৈ পরেং, চন্দন, ফি, লৈতেংথ্রবা লৈতেং পোৎপু ফংবা, নংগী প্রসাদী চাজবা, মনাই ঐখোয়না নংগী মায়াবু লেপনা ভমই। ইতি। ৫॥

ওইতুনমকপু অস্মুক য়াম্বা চাকপু লোইনা চাবা ভমলোই। ভাট্টনা হায, চাও অতু মতিক চায় ঐ থংই ॥ ২৩৫ ॥ নীলাচলদা য়াউ্থেমরি মক নংনা চাবিবনি। অমুক অমুক চাবগী চাক্কা মীপোৎ চাম চামনি ।২৩৬॥ দ্বারকাদা ইবেম্মাশিং লিশিং তরাতরুককী মন্দিরদা। নমা তরানিপান অমাদ যাদবশিংগী য়ুমশিংদা ॥ ২৩৭ ॥ ব্রজদা—নয়াম্বা, নথুরা, মামা, নমেমনচিংবা গোপশিংগী সখীগা মপৈ পুম্নমককী য়ুমদা সন্ধ্যা অনিদা—নংনা চাবসি ॥ ২৩৮ ॥ শ্রীগোবর্দ্ধনগী পেন্নবদা চাক মপৈ মপৈ লোইনা নংনা চাবনি। মহুগী শীংথাম্নবদি অসিগুম্বা চাকসিদি চখোয় অমম্ব

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৭ স্কঃ ১১ অঃ ২৭ শ্লোকঃ।
পতিঞ্চ পতিতং ত্যজেৎ। ॥৬॥

তথাহি—( ভাঃ ৭ | ১১ | ২৮ ] শ্লোক।

সন্তুষ্টাহলোলুপা দক্ষা ধর্ম্মজ্ঞা প্রিয়সত্যবাক্। অপ্রমত্তা শুচিঃ স্নিগ্ধা পতিং ত্বপতিতং ভজেৎ ॥৬। (ক)

অন্বয়ঃ। পতিত—লৈথাতারবা, পতি—মপুরোইববু, চ—হন্না, ত্যজেৎ—থাদোক্নি হায়রি, ইতি ॥৬॥

অন্বয়ঃ।—সন্তুষ্টা—মপুরোইবদা পেনবী, আলোলুপা—চৌজনামদবী, দক্ষা—মরম শকপী, ধর্ম্মজ্ঞা—লমচৎ খঙবী, প্রিয়সত্যবাক্—য়াঙাং মুংশিবা অমসুং অচুম্বা ঙাংবী, অপ্রমত্তা— মরাই কাদবী শুচি—থমোই শেংবী,, স্নিগ্ধা— তরু-তহেনবী মুপীনা, অপতিতং— লমচৎ কায়দবা, পতিম্— মপুরোইববু, তু—হন্না. ভজেৎ—নিংগনি। ইতি ॥৬॥ (ক)

ওইরোই ॥২৩৯॥ নংদি ঈশ্বরনি, ঐদি কমাবো লাইরবা উংকুপনি। নিজহুনা চথোম অমত্তং কংপদো লৌবিউ ॥২৪০॥ অসি তাবদা নোক্তুনা প্রভুনা কমহুনা প্রসাদী ফংলে। ভাট্টনা হরাওনা জগন্নাথগী প্রসাদীবু থনখ্রে ॥২৪১॥ মতম অহুদা সার্ব্বভৌমগী মমাক্ অমোঘ কৌবা। শাগৈ কবা ব্রাহ্মণি মানা নোক্নগনবনি যাঠি কন্যাগী মপু-রোইবনি ।২৪২॥ চাবহুবু য়েংগে নিংবদা, মা লাকপদা ভমদনবা। চৈ পায়হুনা ভাট্টাচার্য্যনা থোংদা ফমহুনা লৈ ॥২৪৩। মতম অহুদা মানা প্রসাদীবু হাপকে য়াথল হোংলকপদা। অমোঘনা লাক্তুনা চাক্তো য়েংহুনা নোক্নরক্লে ॥২৪৪॥ অসি-গুম্বা চাকসিদি মী তরা-তরানিথোইনা পেল্লগদবনি সন্ন্যাসী নতোমতনা অহুক য়াম্বা চাক্তো চারিবোরে ॥২৪৫॥ তাবদা ভাট্টাচার্য্যনা হঙ্গংনা য়েংলকই, লৈথোকলকই। মাগী পুক্নিং চংবদো উবদা অমোঘ চেলথরে ॥২৪৬॥ ভাট্টাচার্য্যনা চৈ পায়হুনা মাবু ফুগে তাম্নরকলে। অমোঘনা চেনখ্রবদা মাবু তানবা ফংদরে ॥২৪৭॥ মাবু চৈহুনা শাপ তৌরগা ভট্টা-চার্য্য লাকলে। নোক্নবদো তাবদা মহাপ্রভুনা নোক লকই ॥২৪৮॥ তাবদা যাঠি মাতানা মবুক্তা মথুৎনা মকোক্তা শুরকলে। সার্ব্বাভৌমনা অমোঘ শিরো "যাঠি লুখ্রা ওইসনু" অসিবু হন্না হন্না হায়রকলে ॥২৪৯॥ মথোয় অনিগী অহাবা উবদা প্রভুনা অনিবু থামজিল্লি। নিংজবা মথোয়নিগী পেনবীনা প্রভুনা প্রসাদীবু ফংলকলে ॥২৫০॥ প্রভুনা চিন শেংলবদা ভট্টনা চিন মনম মুংশিনবা পি। লোংপাদ, এলাইচি, কবাবচিনি, তুলসী মঞ্জুরী হাপতুনা কংগে ॥২৫১॥ প্রভুগী হকচাং পুম্নমক্তা চন্দনবু লৈ পরেংবু, থোল্লে। দণ্ডবৎনা থুকমলগা ভাট্টনা নোল্লুকনা হায় ॥২৫২॥ নবু নোক্নহনগে হায়হুনা ঐগী য়ুমদা কৌক্নরে। অপরাধ অনিত্তদি প্রভু! ঐবু কনবিয়ু ॥২৫৩॥ প্রভুনা হায়, নোক্নবা নত্তে মহৌশাগীনা হায়বনি। মসিদা নংগী করম্বা অপরাধবু ওইগদবা ওইদে ॥২৫৪॥ অসি হায়রগা মহাপ্রভুনা গম্ভীরা মন্দিরদা লেংলকলে। ভট্টা-চার্য্যনা মাগা লোয়ননা মাগী য়ুমদা লাকলে ॥২৫৫ প্রভুগী চরণদা তাহুনা য়ামনা মশা মতোমতহু চৈরৈ। য়াম্বু তপথহনগা প্রভুনা ময়ুমদা থাহল্লে ॥২৫৬॥ ময়ুমদা লাক্তুনা ভট্টাচার্য্যনা যাঠি মাতাগা লোয়ননা। মশাবু নিন্দা তৌবা হাইনা খজিনদে হায়রকই ॥২৫৭॥ শ্রীচৈতন্যগোসাইবু ঠৈবদু

তথাহি—মহাভারতে বনপর্ব্বণি ২৫১ অং

মহতা হি প্রযত্নেন হস্ত্যশ্বরথপত্তিভিঃ। অস্মাভির্যদনুষ্ঠেয়ং গন্ধর্বৈস্তদনুষ্ঠিতম্ ॥৭॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কন্ধে ৪ অং ৩১ শ্লোক।

আয়ুঃ শ্রিয়ং যশো ধর্ম্মং লোকানাশিষ এব চ।

হন্তি শ্রেয়াংসি সর্ব্বাণি পুংসো মহদতিক্রমঃ ॥৮।

**অন্বয়ঃ** ।—হস্ত্যশ্বরথ পত্তিভিঃ—শমু-শগোল-দোলাই-থোংমীশিংনা, মহতা—য়াম্না প্রযত্নেন—চেক-সিন্না, অস্মভিঃ—ঐখোয়না, যৎ—অদুবু, অনুষ্ঠেয়ং—তৌগদবা ওইবা, তৎ—মদুবু, গন্ধর্বৈঃ—গন্ধর্বশিংনা, অনুষ্ঠিতম্—তৌখরে ইতি।

**অন্বয়ঃ** ।— মহদতিক্রমঃ—মতিক চাওবদা থোঁওইদবা, পুংসঃ— মী অদুগী, আয়ুঃ— পুন্সি, শ্রিয়ং—মঙল, যশঃ—মিংচৎ, ধর্ম্মং –লমচৎ, লোকান্—মীশিংগী, আশিষঃ—ফহন্‌বা, এবচ—অসুক ওইবা, সর্বাণি—অয়াম্বা, শ্রেয়াংসি—অফববু, হন্তি—মাংডি ॥ইতি ॥৮॥

মতোন্দগী তারবা। মাবু হাৎলবদা পাপনি, পাপ কোক্লবা তৌবা তাই ॥ ২৫৮ ॥ তৌইগুম্বসুং ঐগী থরাইসি মতমসিদা থাদোক্লবসু। অমোঘসু ঐসু ব্রাহ্মণগী হকচাংনি। হাৎপদা অনিমক্তা মতিক ওক্তে ॥ ৫৯॥ অদুগুম্বা প্রভুবু ফত্তবা ঙাংবা মাগী মমাই অমুক হন্না য়েংল্লরোই। থাদোক্লবনি, মাগী মমিং পল্লরোই ॥২৬০॥ ভট্টনা ষাঠীদা হায় অমোঘবু থাদোক্‌লো মা লৈথা তারবনি লমচৎ কায়রে। লৈথা তারবা মপু-রোইববু সুপীত্তুনা থাদোকপদা মতিক ওকই ॥২৬১

**অনুবাদঃ** ।— লমচৎ কাইরবা মপুরোইবব সুপীনা থাদোক্কনি ইতি ॥৬॥

**অনুবাদ** :—শ্রীনাবদগী রাহৈ :—মপুরোইবদা পেনবী, লোজনামদবী, মরম ওকপী, লমচৎ থংবী, য়াডাং সুংশিবী অমসুং অচুম্বা ঙাংবী, ময়াই কাদবী, শেংলবী, তরু তহেনবী; সুপীনা লমচৎ কাম্বদবা মপুরোইববু নিংগনি। ইতি ॥৬ ক॥ অদুগুম্বা অহিংদা অমোঘনা কদায়দনো চেন্দুনা চংথরে। লোংডানবা মতমদা অমোঘদো অনাবা লাইরেনা শিরে ॥২৬২॥ "অমোঘ শিরে তাবদা ভট্টাচার্য্যনা হায়। ঈশ্বরনা ঐগী ভেংবাংবিদুনা থবকপু তৌরে ॥২৬৩॥ ঈশ্বরদা থৌওদবদি পুরুক অদুদা মহৈনী। অসি হায়দুনা লাইরিক্কা হায়বা শ্লোক অনি থিরকই ॥২৬৪॥

**অনুবাদ** :— ভীমনা যুধিষ্ঠিরদা :—শমু শগোল - দোলাই থোংমীশিংনা য়াম্না চেকশিন্না ঐখোয়না মদুবু তৌগদবা ওইবা মদুবু গন্ধর্ব-শিংনা তৌখ্রে। ইতি ॥৭॥

**অনুবাদ** :—শ্রীশুকনা পরীক্ষিত্তা :— মতিক চাওবদা থোঁওইদবনা মীওইবগী পুনসি মঙল মিংচৎ, লমচৎ মীশিংগী ফহনবা, অসুক ওইবা অয়াম্বা অফববুসু লোইনা মাংই। ইতি ॥৮॥

গোপীনাথাচার্য্যনা প্রভুগী দরশন চৎপদা। প্রভুনা মতোন্দা ভট্টাচার্য্যগী য়ারম হংডি ॥২৬৫॥ গোপীনাথ আচার্য্যনা হায় সার্বভৌমনে বাঠি মাতাক্কে অনিনা চরা হেল্লি। লায়রৈ অনাবনা অমোঘদো মথল্লাই থাথরে ॥২৬৬॥ তাবদা থৌজানগী মশক প্রভুনা চেল্লকুনা ল কপে। মাগী মবুক্তা মথুৎনা হাপলগা অমোঘদা হায়রকই ॥২৬৭॥ মহৌশানা লুরবা অসিগুম্বা ব্রাহ্মণগী থমোইনি। শ্রীকৃষ্ণনা কম্বদা অসিগুম্বা মতিক চারবা মফমনি ॥২৬৮॥ চণ্ডালগী পুক্‌চেল নাপন্না কম্নিগী মকম অসিনা

কমহল্লিবা ? ॥২৬৯॥ সার্ব্বভৌমগা তিন্নবদগী নংগী কন্তববু মাংবা ওইরে। কন্তবা কোক্লগা, জীবনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু শোল্লু ॥২৭০॥ হৌগংলো অমোঘ॥ নংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু শোল্লো। থিন্দনা ন'ভোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা খোজানবীরকনি ॥২৭১॥ তাবদা কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোন্দুনা অমোঘনা হৌগংলকলে। প্রেমনা মরাই কাহুনা জগোই শারকলে ॥২৭২॥ নিকই, পি তাই, তুভুংগি হুমাংশোইহ-যুগ্মীগুম্মী স্বব ক ই মাগী প্রেমগী ইরাওবদো উবদা প্রভুনা নোকই ॥২৭৩॥ অমোঘনা প্রভুগী শ্রীচরণ পায়হুনা নোমুক্না হায়রজে। ঐগী অপরাধবু ওাকপিযু প্রভুদি খোজাম হৈরবনি ॥২৭৪॥ অসিগুম্বা উং কুম্বা চিনসি নংগী অকাম্বা-কন্তবা ভাংই। অসি হায়রহুনা মাগী মচিন্দা মতোমতনা খুতুম্বা মুককলে ॥২৭৫॥ খুতুম্বা সুর সুরগা মচিন্দো শোমখ্রে। গোপীনাথ আচার্য্যনা মথুং ফাহুনা থাম্মী ॥২৭৬॥ প্রভুসু মাগী মশা শোতুনা থাম্মী। সার্ব্বভৌমগী মরিদগী নংসে ঐগী মুংশিফমনি ॥২৭৭॥ সার্ব্বভৌমগী মযুমদা অহুগুম্বা মনাইমুপী মুপা হুই। মথোইদো ঐগী অচানবনি অতোপ্পা মীদি লাপ্প লৈসহু॥ ২৭৮॥ অপরাধ লৈতে, গুস্তনা নংনা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোল্লো। প্রভুনা অসি হায়রহুনা পুত্থনা সার্ব্বভৌমগী যুমদা লাকলে ॥২৭৯॥ প্রভুবু উবদা সার্ব্বভৌমনা চরন্দা কোনহুনা। খুকমলবা মাবু কেনবিরগা আসন্দা ফমলে ॥২৮০॥ প্রভুনা হায় অমোঘ অভাংনি, মাগী অকাইবা করিনো? করিগী চবা হেল্লিবা করিগী মাবু শাওরিবা ॥২৮১॥ হৌগংলো ইরুজরো শ্রীজগন্নাথগী মাইথোংবু য়েংউরো। থুনা লাকুনা প্রসাদী ফংলো মতমতুদা ঐগী মুংভাইনি ॥২৮২॥ অতুককী মথৈ ঐনা মফমসিদা ফমতুনা লৈগনি। নংনা লাকুনা প্রসাদীবু চারজিবা অতুকী মথৈ ॥২৮৩॥ প্রভুগী চরন্দা কোন্দুনা সার্ব্বভৌমনা হায়রজে শিববা অমোঘবু, করিগা হিংহল্লকপনো মাবু ॥২৮৪॥ প্রভুনা হায় মংগী অমোঘসি অভাংনি, মহাকপু য়োকলিবা মপানা অভাংগী অকায়বা লোদে ॥২৮৫॥ মাগী অপরাধ কোক্লে হৌজিক্তি বৈষ্ণব ওহরে। মাগী মথক্ত হৌজিক খোজানবিরো ॥২৮৬॥ ভট্টনা হায় লেংবিরো প্রভু। শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌরুরো। ইরুজরগা মতুদা ঐসু হৌজিকমক লাকচগে ॥২৮৭॥ প্রভুনা হায়, গোপীনাথ, নং মফমসিদা লৈহৌরো। মানা প্রসাদীবু ফংবা পাও-অতু ঐভোন্দা তম্মুলাও ॥২৮৮॥ প্রভুনা অসি হায়-রমলগা শ্রীজগন্নাথ দর্শন চংখ্রে। ভট্টাচার্য্যনা স্নান্ দর্শন তৌরগা প্রসাদীবু ফংজরে ॥২৮৯॥ অতু-গুম্বা অমোঘদো প্রভুগী লোংদবা মনাই ওইরে। প্রেমতনা জগোই শাই কৃষ্ণগী নাম শোল্লি য়ামনা ইংখ্রে ॥২৯০॥ অসুম্না শ্রীশচীগী মচানা অভকপা লীলাবু শান্নে। অতুবু তারবদা মীতুগী পুরিংনা ভকই ॥২৯১॥ অসুম্না সাব্বভৌমগী মযুমদা প্রসাদী ফংহুনা শান্নে। প্রভুনা মতুগী মমু'দা অয়াম্বা—অভকপা লমচংপু ফোংতোকই ॥ ২৯২॥ সাব্ব-ভৌমগী যুমদা অসুমনা প্রসাদীবু ফংবগীমচং তৌই, সার্ব্বভৌমগী প্রেমসু মতুদা ফোংতোকপা ওইরি ॥২৯৩॥ ১দি যাঠি মাতাগী মুংশিজবদা প্রভুগী খোজানবীবা। মতুদা মনাইগী মরিদা অপরাধবু ওাকপিবা ॥২৯৪॥ অসিগুম্বা লীলাবু অতুগুম্বা মী অহুনা থাজনা তাজরবা। থিনবা লৈতনা মীপুম্না শ্রীচৈতন্যগী চবণবু ক'ইজে ২৯৫॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা খুকমজহুনা। শ্রীচৈতন্যগী অরেপ্পা লমচংপু কৃষ্ণ-দাসনা হায়রজে ॥২৯৬॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা সার্ব্বভৌমগী মযুমদা প্রসাদী ফংবনা হায়বা তরামত্তা শুবা পরিচ্ছেদনি।

# ষোড়শ পরিচ্ছেদ

## [illegible]

গৌড়োদ্যানং গৌরমেঘঃ সিঞ্চন্ স্বালোকনামৃতৈঃ । ভবাগ্নিদগ্ধজনতাবীরুধঃ সমজীবয়ৎ ॥১॥

অন্বয় — গৌরমেঘঃ — শ্রীগৌরাঙ্গ নোংসা, স্বালোকনামৃতৈঃ — মহাককী মিংয়েং অমৃতনা, গৌড়োদ্যানম্ — গৌড়দেশ লৈকোনবু, সিঞ্চন্ — থিক্তুনা, ভবাগ্নিদগ্ধজনতাবীরুধঃ — সংসারগী মৈনা চাকলবা মীয়ামগী উ-উরী মপালশিংবু, সমজীবয়ৎ — চংথোকনা হিংহনখি । ইতি ॥ ১ ॥

অনুবাদ ঃ— শ্রীগৌরাঙ্গ নোংনা মহাকী মিংয়েং অমৃতনা গৌড়দেশ লৈকোনবু থিকপিহনা সংসারগী মৈনা চাকবা মীয়াম-উ উরি মপাল-শিংবু চংথোয়না হিংহলখি । ইতি ॥১॥

শ্রীগৌরাঙ্গবু হয়না হয়না খুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈতচন্দ্রবু খুরুমজে গৌরভক্তগী মপৈবু খুরুমজে ।।১।। শ্রীবৃন্দবনদা চংকে হায়না প্রভুগী মাথল তৌরে। হায়দোকুলে তাবদা প্রতাপ রুদ্র নিংথৌগী পুক্নিং অরাবা ওইখ্রে ॥ ২ ॥ সার্ব্বভৌম, রামানন্দ মখোয় অনিবু কৌহনুহনা, মখোয় অনিমক্তা নোনুপা রাহৈনা নিংথৌনা হায়রকই ॥৩॥ প্রভুগী পুক্নিংনা নীলা-দ্রি থাদোকুনা অতোপ্পদা চংকদবদা । নখোয়না চেকসিনা মহাকপু থাম্ববু তৌহৌ ।।৪।। শ্রীচৈতন্য-বু মতুনা লৈপাকসি ঐহাক্তা পামদ্রে । অয়াম্বা উপায়না শ্রীচৈতন্যবু থাম্ববু তৌহৌকো ।। ৫ ।। সার্ব্বভৌম—রামানন্দগী লোইনা লাক্লগা মখোই অনিনা থৌগলরবদা । প্রভুনা বৃন্দাবন চংকদবগী তাক্তাবা মতমদা ।।৬।। অনিনা হায়—রথযাত্রবু অরাবা তৌবিবো । মেরা লাক্লগা মতম অহুদা লেংবিবু ।।৭।। মেরা লাক্লগা হায় হৌজিক রাজা মহাকনা সাউবা রাজাগী লৈংবিউ অমুক্তা অকবা মাক্তাদা হৌদা হৌবা হায়বা অরাবা উপায়না মৈথোক্লুনা । চংনবগীদনক্তা সম্মতিবু পিদে কাই-নগনি কিবনা ।।৯।। তৌইগুম্বসুং মনিংতম্বা প্রভুবু থাম্বা ওমলোই । ওইদমকপু ভক্তগী মাথল নত্তুনা লেংদে ॥১০॥ অহুম শুবা চহিগী অয়াম্বা গৌড়-দেশগী ভক্তশিংনা । নীলাচলদা চংকে নিংলহুনা ভক্তশিংনা থৌরাংহনা ॥ ১১ ॥ অদ্বৈত আচার্য্যগী মনাক্তা চত্তুনা পুন্নমক তিম্নরে । প্রভুবু উগদবদা আচার্য্যনা হরাওনা চংলি ॥১২॥ তৌইগুম্বসুং প্রভুগী য়াথংনা গৌড়দেশদা লৈম্নিবনি । শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা প্রেম ভক্তি সন্দোকহল্লিবনি ॥১৩॥ অহু-মকপু মহাপ্রভুবু উননবগীদমক্তা চংচরি শ্রীনি-ত্যানন্দগী প্রেমগী মওংদো কনানা খংবা ওমগবা ।।১৪।। আচার্য্য রত্ন, বিদ্যানিধি, শ্রীবাস রামাইসু বাসুদেব, -মুরারি—গোবিন্দ, মতিন মনাও অহমসু ।।১৫।। রাঘব পণ্ডিতসু মাগী থাওবু লাংচক্-লিবনি । কুলিনগ্রামদা লৈবশিংনা কত্রং থৌরা পুহনা চংলি ॥১৬॥ খণ্ডদা লৈবা নরহরি শ্রীরঘু-নন্দনসু চংলি । অয়াম্বা ভক্তশিং চংলিবদো কনানা মখোয়বু শিংথাগনি ॥১৭॥ শ্রীশিবনন্দ সেন্না লমী মমল লৌবগী মতোন লোয়্না তৌই । পুন্নমক ডাকসেন্দুনা খুংডাইনা পুহনা চংহল্লি ॥১৮॥ মরামগী থবক পুন্নমকপু তৌই লৈননবা মফম পি । শিবানন্দনা উড়িয়া লম্বীগী পান্দম লোইনা

থংগি ॥১৯॥ চহি অসিদা প্রভুবু উন্নগনবগী অয়া-ম্বী ব্রাহ্মণী পুন্নমক্না। সীতাকা পুন্না অদ্বৈতনা লোয়নদুনা চৎচরি ॥২০॥ শ্রীবাস পণ্ডিতকা লোয়-নদুনা মালিনী চৎলি। শিবানন্দগা লোইননা মাগী মুপীমু চৎলি ॥২১॥ শিবানন্দগী অভাং চৈতন্য দাস কৌবা মানা হবাওনা প্রভুবু উবনিংদুনা চৎচরি ॥২২॥ আচার্যারত্নগী মুপীমু মাগা লোইনা চৎলি। মহাক্কী প্রেমগী য়াদো হায়গদবদা থংদে ॥২৩॥ ঠাকুরাণী পুন্নমক্না মহাপ্রভুবু ভিক্ষা পিননবা। প্রভুগী অয়াম্বা অপাম্বা পোৎ মরুমদগী পুরকলি ॥২৪॥ শ্রীশিবানন্দসেনা পুন্নমক মতোন লোয়া তৌরি। লম্বী মমল লৌববু মমল পিদুনা থুংহল্লগা পুন্নমকী লৈকমপি হৈহল্লি ॥২৫॥ পিজ পীথদুনা পুন্নমক্না পুন্নমকপু ঙাকসেল্লি। থোই-দোক্না মুংঙাইনা প্রভুগী দরশনবু চৎলি ॥ ২৬ ॥ রেমুনাদা লাক্নুনা শ্রীগোপীনাথবু দরশন তৌরে। অদ্বৈত আচার্যনা মতুদা জগোই শাই ঈশৈ শকই ॥২৭॥ শ্রীনিত্যানন্দগা লোইননা অয়াম্বা সেবকশিংগা ভাংনা শান্নরে। সেবক পুন্নমক লা-কতুনা য়াম্না ইকাই খুম্ননা তৌই ॥২৮॥ অহিং অদো মতুদা ভক্তশিংনা মুংঙাইনা লৈরে। সে-বকশিংনা পুরকতুনা মাংদা ক্ষীর চফু তরানিথোই পিরে ॥২৯॥ শ্রীনিত্যানন্দ প্রভুনা ক্ষীর য়েন্থুনা পিবীরে। ক্ষীর প্রসাদীবু ফংলবদা পুন্নমককী মুংঙাইবা হেনগৎলে ॥৩০॥ শ্রীমধবেন্দ্রগী য়ারী শ্রীগোপালদেবগী ফাওথিবা। শ্রীমাধবেন্দ্র মতো-ন্দা অতুওয়া গোপালনা চন্দন নিথিবা ॥ ৩১ ॥ শ্রীমাধবেন্দ্রগীদমক্তা গোপীনাথনা ক্ষীর হুরাগথিবা হয়া শ্রীমহাপ্রভুগী চিন্দগী য়ারীসি তাথিবা ॥৩২॥ য়ারীসিদা পুন্নমকী মরাইদ শ্রীনিত্যানন্দনা লৌরে। তারদুনা আচার্যগী পুক্নিংদা পুঙাইবা হেনগৎলে ॥৩৩॥ মতৌ অমুরা চংলাক চৎলক্নমা কটক লাকলে। সাক্ষী গোপালবু য়েংদুনা হুমিতো লৈরে ॥৩৪॥ সাক্ষী গোপালগী য়ারী শ্রীনিত্যা-নন্দনা লৌরে। তারগা বৈষ্ণবশিংগী পুক্নিংদা মুংঙাইবা হেনগৎলে ॥ ৩৫ ॥

প্রভুবু উবগদবনা পুন্নমককী অপাম্বা থয়োইবনা, চাওথৎলে। অদুদগী শ্রীনীলাচলদা থুনা লাকলে ॥৩৬॥ আঠারনালাদা লাক্লবদা প্রভুনা তারদুনা। লৈ পরেং অমি গোবিন্দগী মখুত্তা পিদুনা থারকই ॥৩৭॥ লৈ পরেং অমিবু গোবিন্দনা অমিগী ভক্ত শিবিরে। শ্রীঅদ্বৈত নিত্যানন্দগী য়ামনা মুংঙাইবা কংলে ॥৩৮॥ মফমদুদা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্তনবু হৌগৎ-লকলে। অদ্বৈত, নিত্যানন্দ অনিনা জগোই শানা শানা লাকলে ॥৩৯॥ প্রভুনা অমুক হন্না স্বরূপন-চিংবা মনাইশিংবু লৈ পরেং পুহল্লকই। শ্রীশচীগী মচানা অমুরা ওকলুচে থারকই ॥৪০॥ মথোয়না নরেন্দ্র সরোবরদা লাকতুনা ভক্তশিংগা তিন্নরে। মহাপ্রভুনা পিরকপা লৈ পরেংদো পুন্নমক্তা শি-বিররে ॥ ৪১ ॥ শ্রীজগন্নাথগী সিংহদ্বারগী মনাক্তা য়োশিনরুবদা প্রভুনা তারদুনা। শ্রীচৈতন্য মশামক লাকতুনা পুন্নমক্কা তিন্নরে ॥ ৪২ ॥ ভক্তশিং পুদুনা শ্রীজগন্নাথ দর্শন তৌকরে। অমুক হন্না পুন্নমক পুরক্তুনা মাগী গম্ভীরা মন্দিরদা—লাক্লে ॥৪৩॥ বাণীনাথগা কাশীমিশ্রগা প্রসাদীবু পুরকলে। প্রভুগী থুংমকনা পুন্নমক্তা প্রসাদীবু চাহল্লি ॥ ৪৪ ॥ ওন্‌থিবা চহিদা মথোয়গী অতুবা লৈকমদে। অদুদা পুন্নমক থারকতুনা পোথাক্তা ॥৪৫॥ মতৌ অমুরনা ভক্তশিংনা থা মরি লৈরি। প্রভুগা লোয়নদুনা সঙ্কীর্তনবু শারে ॥৪৬॥ মতমদুদা রথযাত্রাগী মতম ওইরক্লবদা হায়ওয়া। প্রভুনা পুন্নমকপু পুদুনা গুণ্ডিচা মন্দিরবু লৈথোকখি ॥৪৭॥ কুলীনগ্রামগী কয়াং থৌরীবু শ্রীজগন্নাথকী কৎখি। হায়ওয়া কাংকী মমাংদা জগোই শাই ॥৪৮॥ [illegible]

অগোই শারুপা হন্না লৈপী বন্দা চন্থুনা পুখ্রিগী মপান্দা চন্থুনা মন্থুদা পোশাররে ॥৭৯॥ রাঢ় দেশদগী রাপাৎ অমা লৈ মদো শ্রীনিত্যানন্দগী মনাইনি। কৃষ্ণদাস কৌই মাদো রাম্না শাইবক কৈ ॥ ৫০ ॥ রাম্না ঊশিং চহু থন্না পুরক্লুনা প্রভুবু চাইথখি। মাগী চাইবক্তুদা প্রভুনা রাম্না পেনবা ওইখি ॥৫১॥ শ্রীজগন্নাথগী বলগুণ্ডিদা কৎপা প্রসাদী রামনা পুরকলে। পুন্নমক্কা লোয়ননা প্রসাদীবু ফং-মিন্নরে ॥৫২॥ হান্নগুম্না রথযাত্রাবু দর্শন তৌরে। ভক্তশিংনা খোঁগল্লুনা হোরা পঞ্চমী যাত্রা দর্শন তৌরে ॥৭৩॥ কাংলেন লোইরুনা অদ্বৈতনা প্রভুগী নিমন্ত্রণ তৌখি। চারিবৈ অতুগী মরক্তা অতুম্না— নোং-মুংশিং তৌখি ॥৫৪॥ মতুবু শ্রীবৃন্দাবনদাসনা সন্তোকনা লেংথরে। মতমতুদা শ্রীবাসনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌই ॥৫৫॥ মালিনীনা প্রভুগী অয়াম্বা অপাম্বা ইনশাং থোংই। ভক্তিতনা মনাই মুপীনা মচাদা মমান। নিংবা মুংশিবতুনি ॥৫৬॥ আচার্য্য রত্নচিংবা অয়াম্বা ভক্তশিংনা। মরক মবক্তা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌজৈ ॥৫৭॥ অম্নুমনা থা মখি লোম-লবদা অমুক হন্না নিত্যানন্দ লোয়নতুনা। চিকনা কমতুনা লেপনা করিগুম্বা রা তান্নতুনা লেপ্লখি ॥৫৮॥ শ্রীঅদ্বৈতদা প্রভুনা মপান্ অহুম ওইনা হায়। শ্রীঅদ্বৈতনা পাওথোংনা খুম্মী কনানা থাংবা ভমদে ॥৫৯॥ মাগী মমাই য়েংতুনা শ্রীশচীগী মচানা নোকই। যাবিরে থংতুনা অদ্বৈত;আচার্য্যনা অগোই শাই ॥৬০॥ করিবু হায়জবা করিবু পিবা রাপাংবো, কনানা থংদে। প্রভুনা কোনবিরগা মাবু চৎলো বিদায় পিরে ॥৬১॥ শ্রীনিত্যানন্দদা প্রভুনা হায়, অদ্ভ শ্রীপাদ। ঐনা মিরিবসিতু নংনা থৌ-অানবতু তৌবিয় ॥৬২॥ চহি খুদিংগী নীলাচলদা নংনা আকুপাগতু। গৌড়দেশদা লৈরগা ঐগী পান্ন-বা:শুনবা তৌরগা ॥ ৬৩ ॥ মতুদা অনাংবা

ওইগনি অতোপ্লবদনি ওইনি উরবে। ঐগী চম-ত্রবা থবকপু নতোন্দগী তমজগনি ॥৬৪॥ শ্রীনিত্যা-নন্দনা হায়, ঐনা হকচাংনি নাংনা থরাইনি। হক-চাংগা থরাইগা তোপা লৈতে মসিনা লেপনা থংনেরি ॥৬৫॥ থংতমদবা তৌবা তথা নত্তিকনা নংনা তোপনহন্নবগী থৌদোক্তো তৌরি। মতুবু তৌহনবা, মতুবু ঐনা তৌবি রামেন লৈতে ॥৬৬॥ প্রভুনা মাবু কোনবিতুনা প্রভুনা বিদায় পিবিরে। মতৌ অম্নুমনা ভক্তশিংবু লোইনা বিদায় পিবিরে ॥৬৭॥ কুলীনগ্রামগী সত্যরাজনা হায়গুম্না রাবু হঙ্গচৈ। হে প্রভু! ঐগী তৌজনবা থৌরাংবু রাথং পিবিউ ॥৬৮॥ প্রভুনা হায়, বৈষ্ণব সেবা তৌবা, হরিনামবু মুংশিনা শোলবা। অনিসিবু তৌও, থুনা শ্রীকৃষ্ণগী চরণবু ফংগনি ॥৬৯॥ সত্যরাজনা হায়, কনাবু বৈষ্ণনো মাগী খুদম করিনো? মতমতুদা মাগী পুক্লিং থংতুনা প্রভুনা নোক্তুনা হায় ॥৭০॥ শ্রীকৃষ্ণগী নামনা মাগী মচিন্দা অতনা লৈরবা (শোল্লবা)। মানা অথোইবা বৈষ্ণনি, মহাককী চরন্দা সেবা তৌও ॥৭১॥ হান্না হংথিবগুম্না মতুংগী চহিসিদসু মথোয়না হংই। বৈষ্ণবকী অরাং-অথেনবু প্রভুনা তম্বিরকই ॥৭২॥ মহাকী মশক উবদা চিন্দা শ্রীকৃষ্ণগী নাম্না লাকৃলবা। মাবু অথোইবা বৈষ্ণনি নংনা থংউ ॥৭৩॥ মথং নাইনা প্রভুনা বৈষ্ণবকী খুদমদো হায়রকলে। বৈষ্ণব অতোনবা, বৈষ্ণব রাহমবা অমদি বৈষ্ণব অথোইবা ॥৭৪॥ (১) হরিনামবু শোঞ্জবনা অতোনবা বৈষ্ণনি। (২) থাজনা মুংশিনা হরিনামবু শোঞ্জবনা রাইমবা বৈষ্ণবনি। (৩) শাইরিককা রাথলগা লোয়না মুং-শিনা থাজনা চেংনা হরিনামবু শোঞ্জবনা অথোইবা বৈষ্ণবনি)। মতৌ অম্নুমনা বৈষ্ণব পুন্নমকপু গৌড়দেশদা চৎখ্রে। চহিসিদা বিদ্যানিধিদি নীলা-চলদা লৈহোরে ॥স্বরূপকা বিদ্যানিধিগা লোয়নবা

এহৌনংহুনা মহাপ্রভুনা মাবু কোনখিরে ॥১০৪॥ অমুক হয়া হায়জহুনা নিংথৌনা থুরুগজৈ। প্রভুগী খৌজানবী পিনা মাগী হকচাংবু ইরগ্রে ॥১০৫॥ অপবরগা রাজনা নিংথৌবু ফমথহল্লে। হকচাং য়াইহে পুক্নিংনা প্রভুনা নিংথৌবু খৌজানবীরে ॥১০৬॥ অসুম্না মহাকপু শ্রীগৌরাঙ্গনা খৌজানবী-বা অহুমগী "প্রতাপ রুদ্র-সংত্রাতা" মিংবু প্রভুদা কৌখি ॥১০৭॥ নিংথৌগী অচম অথৌশিংনা প্রভুগী চরণদা খুরুমজী। নিংথৌদা শ্রীশচীগী মচানা লৈহৌ-নরা বিদায় পিরে ॥১০৮॥ মপান্দা থোকলকপগা নিংথৌনা চিঠি ইরহুনা। মাগী লৈবাক্তা অয়াম্বা থবক তৌবশিংদা থারকই ॥১০৯॥ নংগী নংগী খুন্দ অহলবা য়ুম্বু শাগদবনি। অহনবা য়ুম মঙা তরেত্তা অচা অথক পোংনা থহল্লু ॥১১০॥ নথোয়-গী য়ুমহুদা পুন্থ-া মহাপ্রভুবু থুংহল্লগা। অহিং মুংথিন্দা নগন্তা চৈ পায়হুনা সেবাগী লৈগদবনি ॥১১১॥ মহাপাত্র অনিনা হরিচন্দন, মঙ্গলরাজ কৌবা। মখোইদা নিংথৌনা থবক পুন্নমকপু তৌ-রো য়াথং পিরে ॥ ১১২ ॥ চিত্রোৎপল-তুরেল মপান্দা হি অহনবা অমা পুরক্তুনা থম্মু। মফমহুদা ইরুজহুনা প্রভুনা তুরেল লান্দুনা লেংথিবা ॥১১৩॥ মহুদা তুপলোইদবা অথোইবা য়ুম্বী য়ুংউ মহা-তীর্থনি। মহুদা নিতিগী ইরুজগে অহুম্না মহুদা শিজগে ॥১১৪॥ চতুর্দ্বারদা অথোই অথোইবা অহনবা য়ুম্বু শাকরো। রামানন্দ। চৎলো নংনা মহাপ্রভুগী তুংইল্লো ॥১১৫॥ হায়রগা সন্ধ্যা-দা প্রভুনা লেংগনি তারহুনা নিংথৌনা। চৎখ্রগা তাই হাপ্পা শামুগী মথক্তা তোংহন্দুনা মুপীশিংবু ॥১১৬॥ প্রভুনা লেজদবা লম্বিদা মহারাণীনচিং-হুনা পরেং শান্নুনা লৈরে। মনাইশিংগা লোইননা প্রভুনা সন্ধ্যাদা লেংলকলে ॥১১৭॥ প্রভুনা লেং লান্দুনা চিত্রোৎপল তুরেলগী হিদেদা ইরুজরে।

মহারাণীশিংনচিংবী মুপী পুন্নমক্তা উজবদা খুরুম-জৈ ॥১১৮॥ প্রভুগী দরশনদা পুন্নমক্তা প্রেমগী মশক ওইরে। "কৃষ্ণকৃষ্ণ" শোলে, মিত্তা পিনা শিন্থরে ॥১১৯॥ অসুম্না খৌজান হৈবা মরোল অহুমমক্তা তাদে। মাবু অরাপ্পদা উজবদা শ্রীকৃষ্ণগী মুংশিজবা ওই ॥১২০॥ হিদা তোংহুনা প্রভুনা তুরেলবু য়াংযা লানলে। থবল ফরবা অহিংদা চন্দনা চতুর্দ্বারদা লাকলে ॥১২১॥ মহুদা অহিং লৈরগা নোংঙানবদা ইরুরে তৌগদবা তৌরে। মতমহুদা শ্রীজগন্নাথগী প্রসাদিসু লাকলে ॥১২২॥ নিংথৌগী য়াথংদগী পড়িছানা মুমিৎ মুমিৎকী থারকপনি। পুজারী ময়ামদা পিহুনা প্রসাদি য়াম্না থারকই ॥১২৩॥ মনাইশিংগা লোইনহুনা প্রভুনা প্রসাদিবু ফংলকলে। "হরিহরি" শোন্দুনা প্রভুনা হৌগত্তুনা লেংলকলে ॥১২৪॥ রামানন্দ,—মঙ্গলরাজা শ্রীহরি-চন্দনন্নে। মখোয় অহুম অসিনা লোইননা সেবা তৌহুনা চৎলি ॥১২৫॥ প্রভুগা লোইননা পুরী গোসাঞি স্বরূপ দামোদর। জগদানন্দ, মুকুন্দ গোবিন্দ কাশীশ্বর ॥১২৬॥ হরিদাস ঠাকুর, অমদি বক্রেশ্বর পণ্ডিত। গোপীনাথ আচার্য্য অমদি দামোদর পণ্ডিত ॥১২৭॥ রামাই নন্দাই-অতোপ্পা অয়াম্বা ভক্তশিংদো। লুচিংবদা হায়বনি ময়ামদি কনানা শিংথাগনি। ॥১২৮॥ শ্রীগদাধর পণ্ডিতসু লোইনহুনা চৎচরি মতম অহুদা। প্রভুনা থাম্মী নংনা সন্ন্যাস তৌবগা য়াশক্তুনা ক্ষেত্রদা লৈববু থাদোককনু ॥১২৯॥

শ্রীগদাধরনা হায়, মহুদা নংনা লৈবা ক্ষেত্রহুনি ঐনা লৈগে য়াশকপদি। সন্ন্যাস ঐগী লীলাচল থাদোকলে লৈথা তানা চৎখ্রসনু ॥১৩০॥ প্রভুনা হায়, মসিদা (ক্ষেত্রদা) শ্রীগোপীনাথগী সেবা তৌহৌ। পণ্ডিতনা হায়, সেবা কোটিনি নংগী চরণ উজবনা ॥ ১৩১ ॥ প্রভুনা হায় — সেবাসু

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১ স্কঃ ৯ অঃ ৩৭ শ্লোকঃ।

স্বনিগমমপহায় মৎপ্রতিজ্ঞামৃতমধিকর্তুমবপ্লুতো রথস্থঃ।
ধৃতরথচরণোঽভ্যয়াচ্চলদ্গুর্হরিরিব হন্তুমিভং গতোত্তরীয়ঃ ॥২॥

অন্বয়ঃ।—রথস্থঃ—দোলাইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণনা, স্বনিগমং—মাগী রাশকপু, অপহায়—থাদোক্লগা, মৎপ্রতিজ্ঞাং—ভীষ্ম ঐগী রাশকপু, ঋতং—চুমবু, অধিকর্তুং—তৌনবগীদমক, অবপ্লুতঃ—থুনা চোংথরক্লবা, ধৃতরথচরণঃ—দোলাইগী কাংথোং পাইহুনা, ইভং—শামুবু, হন্তুং—হাংকে হায়বগীদমক, হরিঃ—নোংশাবা, ইব—তৌবগুম্বা, অভ্যাগাৎ—চংলকখি, চলদ্গুঃ—থোংথাংগী অকম্বনা লৈহাক নিকখি, গতোত্তরীয়ঃ—ইনফি হকচাংদগী তারবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী ওইসনু। ইতি ॥২॥

থাদোক্লবদা ঐঙোন্দা দোষ থোঙংলে। ক্ষেত্রদা লৈরগা গোপীনাথবু সেবা তৌবনা ঐগী অপেনবনি ॥১৩২॥ শ্রীগদাধর পণ্ডিতনা হায়, দোষ পুম্নমক ঐগী ইথক্কনি। নংগা লোয়নননা চংলোই ইতোমতা চংগে ॥১৩৩॥ ঐনা নংগী নরমগীদমক্তা চত্তে, শচী ঈজগে চংচবনি। শ্রীগোপীনাথগী সেবা ১সুং রাশক থাদোকপগী দোষদি ঐগী শক্কনি। অসি হায়দুনা পণ্ডিত গোসাঞিনা তোঙাম্না চংখ্রে ॥১৩৪ কটক্তা লোয়নননা লাক্লবদা প্রভুনা মাবু কৌসিল্লে ১৩৫॥ গদাধরনা চৈতন্যবু হুংশিবদো থংবদা ঙমল্লে ক্ষেত্রদা লৈগনি রাশক অমসুং শ্রীগোপীনাথগী সেবা থাদোকপবু নাপীগুম্মী॥ ১৩৬॥ মহাকী লমচত্তা প্রভুগী থমোইদা পেল্লি। গদাধরগী মথুত্তা পায়দুনা প্রভুনা হুংশিবনা শাওদুনা হায় ॥১৩৭॥ "রাশকপা অমসুং সেবাবু থাদোক্কে" অস্নুম্না নংগী পান্দমশকপদো। অপাম্বদো থুংলে, থাদোদুনা অরাম্বা দেশদা লাকলে ॥১৩৮॥ ঐগা লোইননা লৈগে মিংলবদা, নংনা ঐগী হুঙাইব' পাম্বদো। সেবা অমসুং রাশক লমচং অনিসি কায়রে, ঐগী অরাৰনি ॥১৩৯॥ মতম অসিদা ঐগী হুংঙাইবা পাম্মলরবদি নংনা ক্ষেত্রদা চংলো। মতমসিদাঙ্তোগ্না [illegible] নংনা হায়রবদি ঐগী রাশক কংউ ॥১৪০॥

অসি হায়রমলগা মহাপ্রভুনা হিদা তোংখ্রে। রাস্থহনা শ্রীগদাধরনা মহুদা তাহোরে ॥১৪১॥ গদাধর পুথরো সার্ব্বভৌমদা য়াথং পীরমলে। ভট্টাচার্য্যনা হায়, পণ্ডিত হৌগংলো অমুমনা প্রভুগী শামবসি ॥ ৪২॥ নংনা থংলিবনি শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রাশকপু থাদোকলগা। মনাই থৌজানবীবনা খুহুম চনবদগী ভীষ্মগী রাশক ভাকথি ॥১৪৩॥

অনুবাদ:— ভীষ্মনা যুধিষ্ঠির! অর্জ্জুনগী দোলাইদা লৈবা শ্রীকৃষ্ণনা মাগী রাশকপু থাদোক্লগা ভীষ্ম ঐগী রাশকপু চুম্ববু তৌনবগীদমক থুনা চোংথরকলগা, দোইলাইগী কাংথোং পাইহুনা শামুবু হাংকে হায়বগীদমক নোংশাবা তৌবগুম্বা চংলকখি থোংথাংগী অকম্বনা লৈবাক নিকখি ইনফি হকচাংদগী তারবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐগী ওইবীসনু। ইতি ॥২॥

মতৌ অমুমনা প্রভুনা নংগী কায়নবদু থাংদুনা। নংগী রাশকপু চেকশিন্না তৌদুনা থাকশিনি ॥১৪৪ মতৌ অমুমনা মঙোন্না হায়দুনা খেমজিনবদু তৌরি। মথোয় [illegible] ভিদুনা নীলাচলদা লাকলে ॥১৪৫ প্রভুগী [illegible] মনাইশিং [illegible] লমচং থাদোকই। [illegible] প্রভুগী [illegible] ॥১৪৬ [illegible]—

মরমনা ওহোকপসিবু মীহুনা ভারবদা। থিজনা লৈতনা মহোন্দা শ্রীচৈতন্যগী চরণা থিজিন্নি ॥১৪৭ নিংথৌগী অওবা অনিরুদ্ধ অদুদা প্রভুগী খোংগম চৎলিবা। অদুনা যাজপুরদা লাকলবদা প্রভুনা মথোয়দা বিদায় পিরে ॥১৪৮॥ প্রভুনা বিদায় পিরবদা প্রভুগা লোয়ননা রামানন্দ চৎলি। অহিং মুংখিল রামানন্দগা লোয়ননা প্রভুনা কৃষ্ণগী রা ভাংলৈ ॥ ১৪৯ ॥ খুন খুদিংদা নিংথৌগী য়ুমথংদগী মনাইশিংনা। অহনবা যুম, অয়াম্বা পোৎ-না প্রভুগী সেবা তৌই ॥১৫০॥ মতৌ অসুমনা চত্নুনা প্রভুনা রেমুণাদা লাকলে। মফম অদুদগী রামানন্দরায়দা প্রভুনা বিদায় পিবদা ॥১৫১॥ লৈ-বাক্তা তাথরে, রামানন্দ জ্ঞান লৈখিদরে। রায়বু কোন্দুনা প্রভুনা কপ্পবু তৌবদুনা থনয়ে ॥১৫২॥ রামানন্দগী বিদায়গী রাসি হায়বা তৌদরে। মদুগী শীংথাববু অসুমনা হায়রবদা ওমদরে ॥১৫৩॥ চৎ-তুনা মতম অদুদা উড়িষ্যা দেশগী ওমখৈদা প্রভুনা লাকলে। মদুদা নিংথৌগী লমগী রায়েনবা মনাইগা প্রভুগা তিন্নরে ॥১৫৪॥ মানা মুমিৎ নিনি মখিনি প্রভুবু সেবা তৌরে। মাংদা চৎকদবগী রারমদো মানা হায়রুকই ॥১৫৫॥ মাংগী মথৈ ময়াই কাবা পাওন নিংথৌগী রায়েলথ্রবনি। মাবু কিবনা লন্থীদা কনামতা চৎকদবদা ওমদে। ১৫৬॥ পিছল-দানা লোয়না কাওবা পুন্নমক মাগী রায়েলথ্রবনি। মাবু কিবদগী পিছলদা তুরেন্দা কনাবা লাক্লবা ওবদে ।১৫৭॥ মুমিৎ কয়ানিদং লৈখিখো, মাগা লোয়নদুনা য়ানথিসি। মতমদুদা মুংভাইনা হি তোং-তুনা লেংববু তৌসি ॥১৫৮॥ মতম অসিদা পাওন নিংথৌগী অদুগুম্বা মনাই অমা। হিন্দুনি উড়িয়া কটক অতোপ্পা দেশদা চৎলুবগী লাকপনি ॥১৫৯ প্রভুগী অদুগুম্বা অঙকপা মচৎপু উরবদা ওতুনা। চৎখিন্না পাওন নিংথৌ অদুদা হিন্দু মনাইদুনা হায়রকই ॥১৬০॥ শ্রীজগন্নাথ ক্ষেত্রদগী সন্ন্যাসী অমা লাকলে। মাহাক্ত্রে সিদ্ধ ওইরবা মীয়ামগা মাগা লোয়নরকই ॥১৬১॥ অতৎ অকাং নাইদনা শ্রীকৃষ্ণগী নামসঙ্কীর্তনবু তৌই। পুন্নমকনা নোকই, কপই, জগোই শাই, ঈশৈ শকই ॥১৬২॥ লক্ষ লক্ষ মীয়ামনা লাকতুনা মাবু য়েংলিরিবনি। মাহাক্তু উবদা অমুক হন্না মগুমদা হৌবা ওমহে ॥ ১৬৩ ॥ অদুগুম্বা মীশিংদো অঙাওবগী মতৌগুমলে। কৃষ্ণ কোন্দুনা জগোই শাই, কপই, থরো থরো ওজিং । ১৬৪॥ হায়গদবগী রা নত্তে, মহু উরগা থংগনি। মহাককী মতৌনা মাবু ঈশ্বরনি নিংনরি ॥ ১৬৫ ॥ অসি হায়রগা মনাইদুনা 'হরি-কৃষ্ণ' শোনখরে। নোকই, কপই, জগোই শাই, অঙাওবগী মতৌগুম্না ॥১৬৬॥ অসি তাবদা পাওন নিংথৌগী পুকনিংনা কন্নবদগী লৈথোকলে। মাগী মনাই বিশ্বাসবু প্রভুগী মফমদা থারকলে ॥১৬৭॥ বিশ্বাসনা— লাক্তুনা প্রভুগী শ্রীচরণদা খুরুমলৈ। 'কৃষ্ণ-কৃষ্ণ' শোক্লি প্রেমদা অঙকপা ওইথরে ।১৬৮। বিশ্বাসনা তপথরগা উড়িয়াগী জমিদারদা খুরুমজগা হায়। পাওন নিংথৌনা নংগী নকমদা থারকপনি ।১৬৯। মফমসিদা লাকহনবা নংনা য়াথংবু পীনৌ। পাওনা নিংথৌনা চত্নুনা প্রভুবু তিন্নজগে হায়রি ॥ ১৭০ ॥ য়াম্না পামজনা মহাকনা নোমুকপাবু তৌজরি। অসুম্না নংগা লোয়নদুনা য়ানসি লানগী কিরপা ॥১৭১॥ তাবদা ওত্নুনা উড়িয়া অওম্বনা হায়। ময়াই কারবা পাওনগী পুক্নিংবু অসুমন্না কনাম্না তৌরিবনো ॥ ১৭২ ॥ মহাপ্রভু মহাকনা পাওনগী পুক্নিংবু য়েক্লবদগী লৈ.থাকহল্লে। উবদা তাবদা মানা জগৎপু লানবিরি ॥১৭৩॥ অসি হায়দুনা বিশ্বাসদা রাহৈন্না হায়রকই। মাগী লাইবক কনম্না লাক্নুবা প্রভুগী দর্শন তৌরসু ।১৭৪॥ মতমদুদা থাজনবা তৌরকউ, খুংলাই য়াওদনা। মনাই মাগী

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৩ স্কন্ধে ৩৩ অং ৬ শ্লোক।

যন্নামধেয়শ্রবণানুকীর্ত্তনাদ্ যৎপ্রহ্বণাদ্যৎ স্মরণাদপি ক্বচিৎ।
শ্বাদোঽপি সদ্যঃ সবনায় কল্পতে কুতঃ পুনস্তে ভগবন্নু দর্শনাৎ ।৬।

অন্বয়ঃ—ক্বচিৎ—করিগুম্বা মতমদা, অপি—অমসুং, যন্নামধেয়শ্রবনানুকীর্ত্তনাৎ—নংগী নাম্বু শোজবদগী নিংজবদগী তাজবদগী, যৎপ্রহ্বণাৎ—নংবু খুরুমজবদগী, যৎস্মরণাৎ—নংবু নিংশিংজবদগী, শ্বাদঃ—চণ্ডাল, অপি—ওইহ্লসু, সদ্যঃ—খুদক অহুদা, সবনায়—বেদ চংকদবদা, কল্পতে—মতিক ওকই, নু-ভগবন—হে কৃষ্ণ, তে—নংগী, দর্শনাৎ—উজবদগী, কুতঃ পুনঃ—করি অমুক্ হায়গনি। ইতি॥ ৬॥

অরেং লোইননা পুত্রনা লাকদবনি ॥১৭৫॥ বিশ্বাসনা চত্নুনা নিংথৌদা পুম্নমক হায়রকরে। অহু গুম্বা পাঙন নিংথৌনা হিন্দু ফিজেৎ সেৎতুনা লাকলে ॥১৭৬॥ লাপলিডৈদগী প্রভুবু উবদা দণ্ডবৎ তানা খুরুমজৈ লৈবাক্তা। দণ্ডবৎ তৌই পিতাগ মশা ভুজুংই ॥১৭৭॥ উরিয়াগী অঙম্বনা নিংথৌবু হুকাই খুম্লনা পুসিনবিরকলে। মখুৎ লোম্নহুনা প্রভুগী মাংদা কৃষ্ণগী নাম্বু লৌজে।।১৭৮।। অত্তোনবা পাঙনগী মপোক্তা করিগী পোকহল্লিবা বিধাতানা হিন্দুগী শাগেদা করিগী পোকহল্লিবা ॥১৭৯॥ হিন্দু ওইরমলবদি নংগী শ্রীচরণগী নাক্তা কংলমগদবনি। অসিগুম্বা ঐগী হকচাংসি অরেম্বনি, থরাই চংথ্রসনু" ॥১৮০॥ অসি তাবদা উরিয়াগী অঙম্বনা পুক্রিং চংহুনা। প্রভুদা চরণ কোন্দুনা হায়জববু তৌরকই ॥১৮১॥

মাগী মাম্বু তাবদা চণ্ডালবু শেংলিবনি। অহুম্বা নংগী চরণবু উবা কংলবা অসিগুম্বা জীবনা ।১৮২। অহুগুম্বা মশাককী অসিগুম্বা মচৎসি ওইবসিবু করি হুককনি। নংগী উজবগী মতিকনা মতৌ অসুম্বা ওইবনি ।।১৮৩।।

অনুবাদঃ —শ্রীদেবহুতিনা কপিলদেবদা—হে ভগবন (হে কৃষ্ণ)। করিগুম্বা মতমদা নংগী নাম্বু তাজবগী নিজবগী শোজবগী, নংবু খুরুমজবদগী নংবু নিংশিংজবদগী, হুইশা চাবা চণ্ডালনা অমসুং খুদক অহুদা বেদ চংকদবদা মতিক ওকই। হে ভগবন! নংগী উজবদগীদি করি অমুক হায়গনি। ইতি ।।৬।।

মতমহুদা মহাপ্রভুনা মাবু থৌজানগী মিয়েং য়েংবী, প্রভুনা থামজিন্দুনা হায় নংনা কৃষ্ণ হরি শোলো ॥১৮৪॥ কৃষ্ণকৃষ্ণ শোল্লগা নিংথৌনা হায় ঐবু থৌজানবিরম্বা য়াম্বিরবা মতমসিদা। য়াথং অমত্তা পিবীউ, নংগী সেবা তৌজগে ॥১৮৫॥ যন ব্রাহ্মণ বৈষ্ণবতা য়াহল্লকদবনি ভমথৈ নাইদনা ফৎলকত্রবনি। অসিগুম্বা ফত্তবসিদগী ঐবু লানবনা ওইরসনু ॥১৮৬॥ হায়জবা মতম অহুদা মুকুন্দনা হায় তাও হে পিনহৈবা। গঙ্গাগী মপান্দা মহাপ্রভুগী পুক্রিংনা চংকে নিংডি ॥ ১৮৭ ॥ মহুদা চংপদা তেংবাংনবগী মরমদো তৌরো। প্রভুগী মসিনা অথোইবা য়াথংনি অসিনা অচৌবা তেংবাংবনি ॥১৮৮॥ মতমহুদা মানা মহাপ্রভুগী চরন্দা খুরুমলগা। পুম্নমকী চরন্দসু খুরুমজৈ হরাওনা মহুমদা চংখ্রে। ॥১৮৯॥ উড়িয়াগী অঙম্বগা মাগা লোইননা কোম্না পায়নৈ। অয়াম্বা লৌংচৈ পিহুনা চাম্নবা মরুপ ওইনরে ।।১৯০।। লোংতানবা মতমদা পাঙন নিংথৌ। হি মহাম্বু শেম শাহুনা। প্রভুবু পুনবগীদমক পিরুনবা মাগী বিশ্বাসবু থারকলে ।।১৯১।। উড়িয়াগী জমিদারনা চত্নুনা লাকুগা প্রভুগা প্রেমনবা লৈ। পাঙন নিংথৌ লাকহুনা প্রভুগী শ্রীচরণদা

খুনমলরে ॥১৯২॥ পুরকলিব, হি মযামগী মরক্তা আহনবা হিদা মুম অমা শারকই। হিদুগী মখক্তা মনাইশিংগা লোয়ননা প্রভুনা তোংখৎলে ॥১৯৩॥ উড়িয়া পাত্রবু বিদায় পিরমলে মহাপ্রভুগা কায়-নবদা। তুরেল মপান্দা কম কপ্লহুনা য়েংহুনা পাত্র লৈহৌরে ॥১৯৪॥ ঈশিংগী তমখিবশিংবু কিহুনা যবন নিংথৌসু চৎচরি। হি তরা থম্না তোংবা অ'াম্বা লানমীশিংবু লোয়নজম্মী ॥১৯৫॥ খুদোং খিনবা মন্ত্রেশ্বর তুরেলবু লাম্থোকখরে। পিছলদা তুংরলনা লোম্বা কাওবা যবন নিংথৌসি লাক্লমই ॥১৯৬॥ প্রভুনা মাবু বিদায় পিরে খুন অসিদগী মানা হলখি। মতম অদুদা প্রভুবু স্থংাশবগী মাগী মীওইদো শিংথাবা ভমত্রে ॥১৯৭॥ শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যনা মীদা ওইরোংহদবসি শান্নে। মীহুনা মসিবু তাজ-বদা, মাগী পোকপগী হকচাংদো মহৈ যাগলে ॥১৯৮ অদুগুম্বা হিহুদা তোংহুনা প্রভুনা পানীহাটীদা লাক্লবদা। প্রভুনা হিহোনবদা, মাগী থৌজানগী ফি অমা কুপ্লিরে।১৯৯॥ হিহোনবা হনখ্রে, প্রভু লাক্লে হায়না মীয়াম নিন্দুনা লাও-খোংলে। ঈশিং ১সুং কংকান্দা মীয়ামনা থল্লরে ॥২০০॥ শ্রীনিত্যানন্দগা লোয়ননা রাঘব পণ্ডিত লাক্লুনা প্রভুবু পুহুনা লাকলে। মীয়াম্না চিন্নবা লম্বীদা চৎপদা রানা শেম শাহুনা লাকপনি ॥২০১॥ নোংমত্তং প্রভুনা মকমহুদা লৈরমলগা। নোংঙানবদা কুমার হট্ট শ্রীবাসগী ময়ুমদা লাক্লুনা লৈররে ॥২০২॥ মহুগী মতুংদা শিবানন্দগী ময়ুমদা লাকলে। অদুগী মতুংদা শ্রীচৈতন্য কুকনা বাসুদেবগী ময়ুমদা লাকলে ॥২০৩॥ মতৌ অসুম্না বিদ্যাবাচস্পতিগী যুমদা প্রভুনা লৈররে। মীয়াম্না চিনবা কিবদগী অদুদা কুলিয়াদা লাকলে। ২০৪ ॥ মাধবদাসগী ময়ুমদা শ্রীশচীগী মচানা মহুদা লৈবা। মীয়াম লক্ষ কোটিনা মাধদুনা দর্শন কাংলরে ॥ ২০৫ ॥ সুমিৎ তরেৎনি মহুদা লৈহুনা মীয়ামবু লানবিখি। অদুম্না অপরাধিশিংবু মতৌ অদুম্না প্রভুনা লানবিরম-লগা ॥২০৬॥ অদুমনা শান্তিপুর শ্রীঅদ্বৈতগী— ময়ুমদা লাকলবদা। শ্রীশচীমাতা লাকহুনা উন-রবদা মাগী অম্বাবা কোকখরে ॥ ২০৭ ॥ মহুদগী প্রভুনা অদুমনা গৌড়দেশ কোক্ষুংগী মনাক্তা চৎপা মতমতুদা রামকেলি কৌবা খুন্দা প্রভুনা অদুমনা লাকপা ॥২০৮॥ মহুদা অদুমনা রূপ-সনাতোনদা প্রভুগা তিন্নখিবা। নৃসিংহানন্দনা অদুমনা প্রভুগী লম্বী শেমখিবা ॥২০৯॥ মহুবু সূত্রগী মতুংদা ঐনা শিংথাববু তৌখরে। কাহ্নাই নাট শালাদগী অদুম্না প্রভুনা হন্দুনা লাকপহুম্না হায়খরে ॥২১০॥ নাট-শালাদগী প্রভুনা অমুক হম্না হন্দুনা লাকলে। মীয়াম চিনবা কিবতনা শ্রীবৃন্দাবন চত্তুনু' ॥২১১ অমুক হম্না প্রভুনা লাকহুনা শান্তিপুরদা সুমিৎ তরানি লৈরে। শ্রীবৃন্দাবনদাসনা সন্তোকনা লেং-থবে ॥২১২॥ মমম অদুনা মসিদা মহুবু সন্তোক্না তৌদরে, লেংদবে। অমুক হণ্ডল্লবদি লাইরিকসি ভমথৈ নাইদন চাওখ্রনি ॥ ২১৩ ॥ প্রভুনা অমুক হম্না শান্তিপুরদা লাকলবা মতমদা। রঘুনাথদাসনা লাকহুনা প্রভুগা তিন্নররে ॥২১৪॥ হিরণ্যদাস গোবর্দ্ধনদাস কৌবা মচিন মনাও অনিনি। সপ্ত-গ্রাম কৌবা খুনগী লুপা লক্ষ তরানিথৌইগী লৌথৎপা মপু ওইবি ॥ ১৫॥ য়ামনা ইনাক খুল্লি অনিমক্তো ব্রাহ্মণসু পীনহৈবনি। অরেপ্পা মচৎনি শাগেগী লমচৎ কায়দবগী কোকবী লৈতেংনি ॥২১৬॥ নদীয়াদা লৈবা ব্রাহ্মণশিংগী চংথোম্না— থম্বাই হিংনরিবনি। লন্, লৈবাক, লৈকম, খুন, পিহুনা তেংবাংবা তৌই ।২১৭। নীলাম্বর চক্রবর্ত্তীনা অনিমকবী ঈরাংনকমনি। চক্রবর্ত্তীনা মখোয় অনিদা মনাইগী মচন্তো তৌখি ॥২১৮॥ মমাদৈদা মিশ্রপুরন্দরগী সেবাবু অনিনা তৌরম্বী। মমম

অদুনা প্রভুনা মখোয় অনিবু মুন্না থংই ॥২১৯॥ অদুগুম্বা গোবর্দ্ধনগী মচা রঘুনাথ দাসনি। অদাং ওইরিবৈদেগী মানা সংসারগী বিষয়বু করুবনি ।২২০ প্রভুনা সন্ন্যাস তৌরগা শান্তিপুরদা লাকপা মতম-দা। লাকতুনা রঘুনাথনা মতমতুদা প্রভুগা উিন্নখি ॥২২১॥ প্রেমদা চংবা ওইদুনা প্রভুগী চরন্দা ত ররে প্রভুনা চরন্না শোকপিদুনা থৌজানবীথরে ॥২২২॥ মাগী মপানা তত্তুনা অদ্বৈতগী সেবাবু তৌজে। মরম অদুনা অদ্বৈতনা রঘুনাথবু পেনবীবা ওই ॥২২৩॥ অদ্বৈতনা প্রভুগী অরেম্বা চালুক্তা প্রসাদীবু ফংহল্লি। প্রভুগী চরণবু য়েংদুনা মুমিং মঙানি ৭নি হৈরবদা ॥২২৪॥ প্রভুনা মাবু বিদায় পিবমলগা নীলাচলদা লেংখরে। মানা মযুমদা লাক্লগা প্রেমদা অতকপা ওইখ্রে ॥২২৫॥ রঘুনাথনা ক্ষেত্রদা চৎক-দবগী হন্না হন্না চেল্লি। লমথাংদগী ফাবক্লগা-মমানা মাবু পুন্দুদা থমথরে ।২২৬। থোংমি ৫না মাবু অহিং মুংথিন্দা সংথরে। সেবক মরি, ব্রাহ্মণ অনিগা মাগা লোয়নদুনা লৈমিন্নৈ ॥ ২২৭ ॥ অসিগুম্বা মী তরামাথোইনা অতং অকাং লৈগুনা থমখি। নীলাচলদা চংকদবদা ফংখ্রে থমোইদা য়াখরে ॥২২৮॥ হৌজিক মহাপ্রভুনা শান্তিপুরদা লাকপা মতমসিদা। তাবদুনা মপাদা রঘুনাথনা হায়জরকলে ॥২২৯॥ য়াথং পিউ, প্রভুগী শ্রীচরনবু য়েংবদা চৎচগে। নত্রবদি হকচাংদা ঐগী থৱাইনা লৈররোই ॥২৩০। তারদুনা মাগী মপানা অয়াম্বা মীশিংদা পোৎপু পিদুনা। মাবু থারকলে। "থুনা লাকউ" হায়রকই ॥২৩১॥ লাকুনা শান্তিপুরদা মুনিং তরেৎনি প্রভুগী থৌগন্দুনা লৈরে। অহিং মুংথিলদা পুক্লিংগী য়াসি প্রভুদা হঙৎলি ॥২৩২॥ সেন্নরিবশিংগী মথুত্তগী ঐনা করম্না নাম্বোকনি। করমথৌনা প্রভুগী থৌগন্দুনা ক্ষেত্রদা চৎচসিবা ॥২৩৩॥ পুক্লমক থবো শ্রীগৌরাঙ্গ অদুনা মাগী পুক্লিং থংদুনা। থাররুনরা য়াইহৈনা মতোংদা তাকপগী মশক্তো হায়রকই ॥২৩৪॥ অপাগলদুনা য়ুমদা হল্লো, অতাওবগী মতৌ ওইক্লরম্লু। মী-ওইবগী সংসার সমুদ্রগী মপান্দগী মথং য়াদা লানবা ফংগনি ॥২৩৫॥ মর্কট বৈরাজ্ঞ (শ্রীকৃষ্ণদা মীনম্ব) দো মীতোন্দা উৎপা তৌক্লরম্লু। পাম্‌ত্র-বগু সংসারগী বিষয়গী মহৈবু চাবদা মতিক ওক-হল্লু ॥২৩৬॥ শ্রীকৃষ্ণবু থমোইদা চেংলু, মীওইবগী মতৌনা মপান্দা তৌরো। শ্রীকৃষ্ণনা নংবু সংসার-দগী থিনবা লৈতনা লানবিরক্নি ॥২৩৭॥ ঐনা শ্রীবৃন্দাবন য়েংপুরগা নীলাচলদা লাকপা মতম-তুদা। করিগুম্বা পাওথোং অমদা নংনা মতমতুদা ঐগী নাক্তা লাকউ ॥২৩৮॥ মতমতুদা অতুগুম্বা পাওথোংদো শ্রীকৃষ্ণনা নতোন্দা ফাওবির ক্কনি। মতোন্দা শ্রীকৃষ্ণনা থৌজানবিরবা মাবু কনানা কাতুনা থমগবা ? ॥২৩৯॥ অসি হায়দুনা মহাপ্রভুনা মাবু বিদায়বু পিববদা। মযুমদা লাকলগা মানা প্রভুগী তাকলপদো চংলরে ॥২৪০॥ মপান্দা বৈরাজ্ঞগী অতাওবা মতৌদো পুক্লমকপু থাদোকলে। পাম-ত্রবা সংসারগী থবক্তা মতিক ওকনা চংলরে ॥২৪১॥ উবদা মাগী মমা মপানা য়ামনা মুংঙাইবা ফংলে। মহাককী শেন্নরিবদো থজিক্তং কোম-থোকপা ওইরে ॥২৪২॥ শান্তিপুরদা প্রভুনা ভক্ত-শিংবু অমতা ওইহল্লে। শ্রীঅদ্বৈত নিত্যানন্দনচি বা অয়াম্বা ভক্তশিং ॥২৪৩॥ ময়াম্বু কোনবীরগা শ্রী-চৈতন্য গোস্বামিনা হায়রকই। ভক্ত পুক্লমককী য়াথং পিরো ঐনা নীলাচলদী চৎলগে ॥ ২৪৪ ॥ ময়ামগা মসিদা ঐগা তিন্নবা ওইরবনি। চহি অসিদি নীলাচলদা কথামতা লাকলগদু ॥২৪৫॥ মতুদগী লেম্না ঐনা শ্রীবৃন্দাবনদা চৎলগানি। পুক্লমক য়াথং পিরো মতমথুনা অকনাইনা [illegible] ॥২৪৬॥ ময়ামগী [illegible]

তৌহুনা। শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎচগে শচীগী মাখবু নিহুনা লৌরগা ॥২৪৭॥ মতমহুদা নবদ্বীপতা মাবু থাখরগা প্রভুনা। ভক্তশিংবু পুহুনা নীলাচলদা চৎলকলে ॥ ২৪৮॥ অদুগুম্বা আয়াম্বা মীশিংনা লম্বীদা সেবাবু তৌরকই। শ্রীশচীগী মচানা মুং-ডাইনা নীলাচলদা লাক্লে ॥২৪৯॥ প্রভুনা লাক্লুনা শ্রীজগন্নাথবু য়েংববু তৌবরে। 'মহাপ্রভু লাকলে' খুনশিংদা নিন খোংনরে ॥২৫০॥ মুডাইনা ভক্তশিং-না লাক্লুনা তিন্নররে। পুন্নমক্তা প্রভুনা মুংশিনা কোনবিবে ॥২৫১॥ কাশী মিশ্র, রামানন্দ, প্রদ্যুম্ন, সার্বভৌম ; বাণীনাথ শিখিমাহিতিনচিংব অমাম্বা ভক্তশিংনা ॥ ২৫২ ॥ গদাধর পণ্ডিতনা লাক্লুনা প্রভুগা তিন্নরবে। পুন্নমক্তা মমাংদা প্রভুনা হায-রকই ॥২৫৩॥ শ্রীবৃন্দবন্দা চৎকে হায়তুনা গৌড-দেশদা চত্লুনা। গঙ্গা অমসুং ইমাগী চরণবু উকগে ॥২৫৪॥ পুন্নিংদা অসি খন্দুনা গৌডদেশদা চৎপদা ঐগী ভক্তশিং লিশিং অমা লোইনজমলে ॥২৫৫ ॥ মীয়াম্ লক্ষ-লক্ষনা লাক্লুনা য়েংবদা হবাগবে। মীয়ামগী চিনবনা লম্বীদা চৎকদবদা ঙমদ্রে ॥২৫৬॥ মতুদা লৈবা, মক্মদুগী যুম চেবপল নৈহৎপা ওইখ্রে। মতুদা মীংনা তাবা মফমদা য়েংবদা মী-য়াম্না থল্লে ॥২৫৭॥ রানা শেমতুনা রামকেলী কাওবা চৎলুবদা। রূপ সনাতন কৌবনা ঐগী হফমদ লাকই ॥২৫৮॥ মচিন মনাও অনিতু অথোইবা ভক্তনি কৃষ্ণরূপাগী লৈফমনি। মচত্তি নিংথৌগী অওম্বা ফমনাইবা মন্ত্রীনি ॥২৫৯॥ মথৈদা ভক্তিদা পাঙ্গল-লৌশিংদা য়াম্না চংখোল্লি। ওইহুনা মকপু মখোয়না নাপীদগী হেন্না তোল্লি নিংডি ॥২৬০॥ মখোয়গী নোঙ্কুপা উবদা তাবদা মুংবু পেংলি। ঐনা পেল্লুনা মতমদুদা মখোয় অনিদা হায়রম্মি ॥২৬১॥ অখোইবা ওইরবা নখোইনা অতোনবনি খঙ্গিবরো। নিঙ্গবা শ্রীকৃষ্ণনা নখোইবু মালবিবু

তৌরকনি ॥২৬২॥ অসি হায়রুনা ঐনা মতমদুদা মখোইদা বিদায় পিরম্মী। চৎলমদাইদা সনাতন্না ফাগী ওইনা হায়ম্মোই ॥২৬৩॥ অসিগুম্বা মীয়াম লক্ষ কোটিনা মাগী লোইনবা ওইহুনা। শ্রীবৃন্দা-বন চৎপগী মসিনা মথং মনাওদি নত্তে ॥২৬৪॥ মতমহুদা তারবা মক্তদ. ঐনা পুক্লিং চংববু তৌক-দে। নোঙানবদা কান্নাইনাট শালা খুন্দা চত্লুনা যৌরে ॥২৬৫॥ অহিংগী মতমদা ঐনা পুক্নিংদা রাখলবু তৌই। সনাতননা ঐগোন্দা হায়খিবা অদো কবম্বা ফাগিগী মতৌনো ॥ ২৬৬।— মপবা হায়বনি, অসুকম্বা মীশিংসি ঐগা লোইনবান। মীশিংনা উবদা ঐগোন্দা হায়রম্মি "মসিদি ধপ্ তৌবা অমনি ॥২৬৭॥ ফংডমদবা চৎডমদবা অসিগুম্বা অচিকপা শ্রীবৃন্দাবন্নি। ইতোমতা চৎপা করিগুম্বদ মী অমতংদা লোই-নগে ॥৩৬৮॥ অতুম্না শ্রীমাধবেন্দ্রপুরিনা মতোমতা চংখিবনি। শঙ্গোম পিবা পাওথোংনা শ্রীকৃষ্ণনা থুৎফংনববু মঙোন্দা পি ॥২৬৯॥ মিত্রং হৈবশিংনা মিত্রং তৌহুনা চৎপহুম্না। ময়ামলোইননা শ্রীবৃন্দা-বন্দা চৎপা তৌবরোই ॥২৭০॥ ঋদাইদগী ইতো-মতুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎচগদবনি। লালমি লোইননা পুংথৈহুনা ঐনা চৎপসাবি ॥২৭১॥ "অতোনবনি অতোনবনি" ইতোমহুবু হায়গ্রবগা তপতবা ওইবে। অমক্ হন্না হল্লকুনা গঙ্গা মপান্দা লাক্-পনি। ॥২৭২॥ ভক্তশিংব মাগী মাগী মফমদা থনম্লগা লাকপনি। ময়ামদগী মী মডা তকক ঐগা লোইনহুনা লাকপনি ॥২৭৩॥ হৌজিক অকা-ইবা লৈতনা কমদৌবগা শ্রীবৃন্দবন্দা চৎকদগে। পুন্নমক্লা তিন্নরগা হরাওনা অরেপ্পা পিরো ॥২৭৪॥ গদাধরবু থাদোক্লুনা চংলুই, মানা অরাবা ফংডি। অদুগুম্বা মরমদগী শ্রীবৃন্দাবন্দা চৎকদবদা ঙমদ্রে ॥২৭৫॥ মতমহুদা গদাধরপণ্ডিতনা প্রেমদা চৎখি

ওইদুনা। হায় নত্তা মহু মথুদা লৈবা মকমদো শ্রীবৃন্দাবনি ॥২৭৬॥ মংনা লৈবা মকমদা গঙ্গা যমুনা অমাম্বা তীর্থশিংনা লৈ ॥২৭৭॥ অদুমকপু মখং ভক্তিমবীদমক্তা শ্রীবৃন্দবন্দা চৎলো। মহুবু নংগী পুক্কিংনা লৌবা মহুমক্তবু তৌবীয়ু ॥২৭৮॥ প্রভু মতুং অসিদা নোংজুথা মরিনা লাকলে। থা মরি অসিদি নীলাচলদা লৈবিথো ॥২৭৯॥ মহুবু—নংগী পুক্কিংনা পাম্বা মতুংসিদা মহুবু চৎ শিনদব ওই। চৎকে-লৈগে নংগী রাথম্রি কনানা থামগবা ? ॥২৮০॥ তাবদা অম্বাম্বা ভক্তশিংনা প্রভুগী চরন্দা হায়। পুম্নমকী পামজবদগী পণ্ডিতনা হজং চরিবহুনি ॥২৮১॥ পুম্নমকী পামজবদগী প্রভুনা থা, মরি চুপ্পা লৈরে। তায়রুনা প্রতাপ রুদ্রনা ফুডাইবা ওইরে ॥২৮২॥ মুনিং অসিদা গদাধরনা নিমন্ত্রনবু তৌরে। মতুদা প্রভুনা ভক্তশিংগা লোইননা প্রসাদি ফংলে ॥২৮৩॥ প্রভুনা পেম্না চারিকনি. পণ্ডিতকী মুংশিজবতনা। অনি অসিদি মীগী শক্তিনা শিংথাবা ঙমদ্রে ॥২৮৪॥ মতৌ অমুম্না ঙমথৈ লোম্বা লৈতবা গৌরগী লীলানি। কদায়দগী সম্ভোকচদরে শুথা হায়জবনি ॥২৮৫॥ অনন্ত মহাক্রা মচিন লিশিংনা হায়বনি। অদুমকপু নোংমা মুনিংকী শামবগী অযোম্বা ফংদে ॥২৮৬। শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরন্দা ঐনা নিজদুনা। শ্রীচৈতন্যচরিত মৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়জৈ ॥২৮৭॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা গৌড়দেশদা লেংদুনা শাম্নবা হায়বা ভরাতরুকগুবা পরিচ্ছেদনি।

# সপ্তদশ পরিচ্ছেদ

গচ্ছন্ বৃন্দাবনং গৌরো ব্যাঘ্রৈভৈণখগান্ বনে। প্রেমোন্মত্তান্ সহোন্নৃত্যান্ বিদধে কৃষ্ণজল্পিনঃ ॥১॥

অন্বয় :—গৌরঃ—শ্রীগৌরাঙ্গনা, বৃন্দাবনং—শ্রীবৃন্দাবন্দা, গচ্ছন্—চত্তুনা, বনে—বনগী মমুংদা ব্যাঘ্রেভৈণখগান্—কৈ শামু শজী উচেক পুম্নমকপু, প্রেমোন্মত্তান্—প্রেম্না মম্নাই কাববু, সহোন্নৃত্যান্—লোইননা জগোই শাববু, কৃষ্ণজল্পিনঃ—শ্রীকৃষ্ণ শোনববু, বিদধে—তৌহনখি। ইতি ॥১॥

অনুবাদ :— শ্রীগৌরাঙ্গনা শ্রীবৃন্দাবন্দা চত্তুনা বনগী মমুংদা কৈ শামু শজী উচেক পুম্নমকপু প্রেম্না মম্নাই কাববু লোইননা জগোই শাববু শ্রীকৃষ্ণ শোনববসু তৌহনখি। ইতি।

শ্রীগৌরচন্দ্রবু হম্না হম্না খুরুমজৈ শ্রীনিত্যানন্দবু খুরুমজৈ। শ্রীঅদ্বৈতবু খুরুমজৈ গৌরাঙ্গগী মনাইশিংবু খুরুমজৈ ॥১॥ শকাব্দা, ১৪৩৭ তবা মৌরাগী মতমদা প্রভুগী পুক্কিংনা চৎলগে লিংহনা। অদুগা

রামানন্দ লোইননা প্রভুনা চিন্না হাজারে ॥২॥ মতমচুদা নখোই অনিনা ঐগী ভৈবাংববু ভোরো। মতমসিদা ঐনা শ্রীবৃন্দাবনবু য়েংবা চৎচরগে ॥৩॥ অহিংদা হৌগত্তুনা বনগী লম্বিদা চেন্দুনা চৎখ্রগে। ইভোম্তা চৎকে, কনাবুস্ত্র লোইনবা লৌরোই ॥৪॥ মতম অচুদা কনানা লোইনচুনা ভিন্নরুপে ঐগী ভুংদা তানরকদবা পুন্নমকপু খাম্বিউ, অতুম্না কনা অমত্তা চত্তনবা ॥৫॥ হরাওনা য়াথং পিগদবা ওই, অরাবা থন্‌গস্ত্র। নখোই পুন্নমক্কী মুত্তাইবনা লম্বিদা ঐগী মুত্তাইবা ওইগদবনি ॥৬॥ স্বরূপ-রামানন্দনা হায়—নীংতম্বা ঈশ্বর নংনা। মতুবু নিংবা, মতুতা ভৌগদবনি, মীথাস্ত্র পোনবা নাত্তে ॥৭॥ ভৌইগুম্বস্তুং ঐখোই অনিগী রা-অমত্তুং হঙ্গৎচগে তাবিউ। "নখোইগী মুত্তাইবনা ঐগী মুত্তাইবনি" ইবুঙ্গোনা হায়রি ॥৮॥ ঐখোই পুন্নমক্কী পুক্নিংদ মতমসিদ য়াম্না মুত্তাইবা ওইনি। হায়জবা রাঅমত্তুংবু মতমচুদা ইবুঙ্গোনা লৌবিউ ॥৯॥ অখোইবা ব্রাহ্মণ অমত্তুংদদি লেপ্পা লোইন হম্নিংঙি। চেং নিরগা খোংচুনা পিজবা মানা, কিস্ত্র ঈশিং খুজাইস্ত্র পুত্তুনা চৎসস্ত্র ॥১০॥ বনগী লম্বিদা চৎপদা খোংবদা চাবা-য়াবা ব্রাহ্মণ লৈরমজোই। ব্রাহ্মণ ননাই অমত্তুং পুজেমনবা বাথং পিবীরো ॥১১॥ প্রভুনা হায় ঐগা লোইনরিবশিংদগী কনাহক্তা লৌররোই। মী অমবু পুন্নবদা, অতোপপগী পুক্নিংদা রাবা ওইরগনি ॥১২॥ লৌনা তিন্নবা ওইগদবা মাগী পুক্নিংস্ত্র লুরবা। মতমসিনা অচুম্না কংবা, মী অমবু মতমচুদা পুগে ॥১৩॥ [illegible] হায় [illegible] বলভদ্র ভট্টাচার্য্য কৌবা ব্রাহ্মণসে। ইবুঙ্গোদা য়াম্না মুংশিজে, অশেংবা [illegible] ভিনবা বৈষ্ণব পণ্ডিতনি ॥১৪॥ [illegible] লোইনচুনা কৃষ্ণ গৌড়দেশগী [illegible]। মাহাকী নিংজবা লৈ অয়াবা—তীর্থদা চৎনবগীদমক্তা ॥১৫॥ মাহাক্তা লোইনরকপা মনাই ব্রাহ্মণ মচা অমস্ত্র লৈ। মহাক্তা লম্বীদা চানবনচিংবা ভৌগদবা সেবা ভৌরসস্ত্র ॥১৬॥ মহাকপু লোয়নচুনা পুখ্রবদি, মতমচুদা পুন্নমক্কী মুত্তাইগনি বনগী লম্বীদা চৎপদা নংগী করিগুম্বা অয়াবা ওইহরোই ॥১৭॥ ব্রাহ্মণ অসিমনা কি ঈশিং খুজাইবু পুহন্দুনা পুবিউ। ভিক্ষা নিকরগা খোংচুনা পিজপিবকপা ভট্টাচার্য্যনা ভৌসস্ত্র ॥ ১৮ ॥ মখোয়গী রাইহদো প্রভুনা য়াবিববু ভৌখিখ্রে। বলভদ্রভট্টাচার্য্যবু লোইনচুনা প্রভুনা পুখিখ্রে ॥১৯॥ সন্ধ্যাগী আরতিদা শ্রীজগন্নাথগী দরশনদা য়াথং লৌরকলগা। অহিংগী মখেদা হৌগত্তুনা শ্রীবৃন্দাবন লেংখরে ॥২০। নোংঙানবা মতমদা ভক্তশিংনা প্রভুবু উত্রবদা। অমুক হুম্না রারচুনা প্রভুবু ভক্তশিংনা থোঙ্গল লিরকই ॥২১। স্বরূপ গোসাঞিনা পুন্নমকপু খামজিনববু ভোই। প্রভুগী পুক্নিংবু খংচুনা পুন্নমক্না হজিন্দুনে লৈররে ॥২২॥ প্রভুনা চৎনবা লম্বি থা দাক্তুনা চৎনদব লম্বিদা চৎলি। কটকপু খেৎহইনরগা বন্দা চংশিল্লকসে ॥ ২৩ ।। মুকলবা বন্দা প্রভুনা কৃষ্ণ নামু শোন্দুনা চৎলি। প্রভুবু উবদা শাগুনা কৈনা, লম্বিবু থাদোকই ॥২৪॥ কাংলুপ কাংলুপ কৈ, শামু শামুগগা ওকনচিংবা। মখোইসিগী মরক্তা প্রেমদা চংচুনা প্রভুনা লেংলকই ।২৫॥ উবদা ভট্টাচার্য্যগী পুক্নিংদা য়াম্না কিখরে। প্রভুগী মতিক্না মখোইশিংনা নাকন্ অমদা থৈদোকই ॥২৬॥ নোংম লুমিত্তা লম্বিদা কৈ অমা তুমচুনা লৈ। প্রেমদা চংচুনা প্রভুগী চরম্না মাগী মশাদা শোকখুরে ॥২৭॥ কৈচুনা হৌগৎলকপদা প্রভুনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোন্দু হায়রকই। "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোন্দুনা কৈচুনা অগোই শাই ॥২৮॥ মচুংগী লুমিত্তা মহাপ্রভুনা চুরেম্না ইকরিবৈদো ময়াই কারবা শামু শরুপনা ঊশিং থরুদবগী

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ২১ অঃ ১৯ শ্লোকঃ।

ধন্যাঃ স্ম মূঢ়গতয়োঽপি হরিণ্য এতা যা নন্দনন্দনমুপাত্তবিচিত্রবেশম্।
আকর্ণ্য বেণুরণিতং সহকৃষ্ণসারাঃ পূজাং দধুর্বিরচিতাং প্রণয়াবলোকৈঃ ॥২॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ ১৩ অঃ ৫৫ শ্লোকঃ।

যত্র নৈসর্গদুর্বৈরাঃ সহাসন্ নৃমৃগাদয়ঃ।
মিত্রাণীবাজিতাবাসদ্রুতরুট্তর্ষকাদিকে ॥৩॥

অন্বয়—মূঢ়গতয়ঃ—অপাংবা, অপি—ওইরুনসু, এতাঃ—অসুক মাঙ্গী, হরিণ্যঃ—শজী অমোমশিংনা, ধন্যাঃ—থাগৎনবা, মপোক্তা, স্ম—ফাওবা ওইরে, যাঃ—মখোইনা, বেণুরণিতং—বেণুগী খোঞ্জেবু, আকর্ণ্য—তারগা, সহকৃষ্ণসারাঃ—মখোয়গী মপুরোইবা শজী লাবশিংগা লোইননা, উপাত্তবিচিত্রবেশং—নিংথিনা ফিজেৎ লৈতেংলবা, নন্দনন্দনং—শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু প্রণয়াবলোকৈঃ—যুংশিনবা মিৎয়েংনা বিরচিতাং—শেমলবা, পূজাম্, দধুঃ—তৌখি। ইতি।২॥

অন্বয়ঃ—অজিতা বাস-দ্রুত-তট্ তর্ষকাদিকে—ওম্বিনবা লৈত্রবা শ্রীকৃষ্ণনা লৈবনা অশাউবা অপাম্বানচিংথা ময়া কোল্লবা, যৎ—শ্রীবৃন্দাবন অহুদা, নৈসর্গদুর্বৈরাঃ মহৌশানা য়েক্লবা, নৃমৃগাদয়ঃ—মী শজীনচিংবনা, মিত্রানি ইব মরূপশিংনা তৌবগুম্না, সহ—লোয়ন্থনা, আসন্—লৈখিরে। ইতি ॥৩॥

কূমথমকলে ॥২৯। ইরুজবনচিংবা তৌরিবা প্রভুগী মাংদা শাগুশিংমা লাক্লবদা। কৃষ্ণ শোল্লু হায়না প্রভুনা ঈশিং চাইরকই ॥৩০।

অসিগুম্বা ঈংশিংগী মরিকমকুম্না মখোইগী মশাদা চোংথদা। মখোইনা "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" শোল্লি প্রেমতনা জগোই শাই ঈশেশকই ॥৩১॥ কনানা-লৈবাক্তা তায়, কনানা কপতুনা ডংই লাওই খোংই। উবদা ভট্টাচার্য্যগী পুক্নিন্দা অঙকপা ওইরে ॥৩২॥ লম্বি চৎপদা প্রভুনা রাংনা সঙ্কীর্ত্তনবু তৌরকই। থুরলবা শোম্লাউ তাবদা শজী অমোমশিংনা লাকলে ॥৩৩॥ প্রভুগী থাজেম তাবদা ওইদ্ম-য়েক্লা লোইনবুনা চংলি। প্রভুনা মখোইগী হক্চাংদা মানবীরগা হয়াওনা শ্লোক-[illegible] ॥৩৪॥

অনুবাদঃ—গোপীনা হায়—অপংবা ওইহুনবু : অসুক মাঙ্গী শজী অমোমশিংনা থাগৎননবা মপোক্তা ফাওবা ওইরে। মখোয়না বেণুগী খোঞ্জেবু তারগা মখোইগী মপুরোইবা শজীলাবশিংগা লোইননা, নিংথিজনা ফিজেৎ লৈতেংলবা শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু যুংশিনবা মিৎয়েংনা, শেমলবা পূজাবু তৌখি। ইতি ॥২॥

মতম অহুদা কৈ মঙা তরেংথক্ মকমহুদা লাক্লে। কৈগা শজীগা তিমরগা মহাপ্রভুগা লোইনচুনা চংলি ॥৩৫॥ উবদা মহাপ্রভুগী পুক্নিংদা শ্রীবৃন্দাবনবু নিংশিংলি। শ্রীবৃন্দাবনগী গুণ শিংথাবা শ্লোক অমা থিরকলে ॥৩৬॥

অনুবাদঃ—অজীনবা লৈত্রবা শ্রী কৃষ্ণনা লৈবা, শ্রীবৃন্দাবন অহুদা মহৌশানা য়েক্লবা মী শজীন-চিংবনা মরূপশিংনা তৌবগুম্না লোইনচুনা লৈখিরে। ইতি। ।৩।

"কৃষ্ণ [illegible] শোল্ল" প্রভুনা হায়বা [illegible]।
"কৃষ্ণবু" শোল্লুনা [illegible] জগোই [illegible]

॥৩৭॥ কৈশিংগা শক্তিশিংগা লোইনবা জগোইশাই কম্মী। ''ওইখোক্তবদো বলভদ্র ভট্টাচর্য্যনা উবদা করাওরে ॥৩৮॥ কৈশিংগা শক্তিশিংগা মহৈ মহৈ কোয়রি। চিনগা চিনগা পিনহনা মহৈ মহৈ চুপনৈ ॥৩৯॥ হরাওনা য়েংহনা প্রভুনা নোকলকই। মখোইশিংবু মহুদা থাদোকলমলগা মাংদা চত্নুনা লাকলে ॥৪০॥ য়াহোংনচিংবা উচেকশিংনা প্রভুবু উরম্লনা। লোইনহনা চংলি "কৃষ্ণ" শোল্লে ময়াইকাহনাজগোই শাই ॥৪১॥ "হরি" শোল্লো" হায়না প্রভুনা খোজেন য়াংনা শোল্লকই। শ্রীকৃষ্ণ শোল্বা খোঞ্জেনবু তাবদা উ-উবি মপালশাংলে ॥৪২॥ ঝারি খণ্ডদা লৈবিবা অয়াম্বা অচৎ চত্ত পুম্নমক্পু। শ্রীকৃষ্ণগী নাম্নপিহনা প্রেমদা ময়াই কাহল্লি ॥৪৩॥ খুনঅহুদালৈবা, খুন্দুদা চৎলম্বদা নাম্পিবম্মি। অহুগুম্বা অয়াম্বা খুনশিংগী মীয়ামগী প্রেম ভক্তি ফংজরে ॥৪৪॥ মতমহুদা কনানা মাগী মচিন্দগী শ্রীকৃষ্ণগী নাম্থু তাবা। মাগী মচিন্দা অতোপ্পনা তাবা, মতোন্দগী অতোপ্পনমুক্ তারবা ॥৪৫॥ পুম্নমক্না "কৃষ্ণহরি" শোল্দুনা কম্মী নোকই-জগোইশাই। মহৈ মহৈ অয়াম্বাদেশ পুম্নমকসি বৈষ্ণব লোইনা ওই ॥৪৬॥ তৌইগুম্বসুং প্রভুনা মীয়ামা পুন্নবদো মিপায়। প্রেমবুমপান্দা ফোং ভোক্তে থুপচিন্দুনা থম্মি ॥৪৭॥ ওইহুনাম্নকপু মাবু উজবা তাজবা অহুগী মতিক্রা। দেশ পুম্নমক্কী মীশিংনা বৈষ্ণব ওইরে ॥৪৮॥ গৌড় বঙ্গ উৎকল দক্ষিণ দেশশিংনচিংবদা চত্নুনা। ইবুঙোনা ফোই-রুগা মীয়ামশিংবু লাল্লবিরিবম্মি ॥৪৯॥ মথুরাদা চৎপম্লি, পাংওয়োংহনা। ঝারি খণ্ডদা লক্কুনা। অমুম্বা মীয়াম য়েচঙ্ গুম্বা কৎলমদবা থোইদোকপা পশুপক্ষীশিংদা ॥৫০॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাম প্রেম পিম্লনা পুম্নমক্পু প্রভুনা লাল্লবিম্মি। "শ্রীচৈতন্যগী অথুম্বা লীলাবু কনাগী পাঙ্গবা থুগনি? ॥৫১॥

বনবু উবদা। ভভুনা মসিনা শ্রীবৃন্দাবনি নিংঙি। চিংবু উবদা মসিনা গোবর্দ্ধনি পুক্নিংদা নিংঙি ॥৫২॥ মহুদা ফুরেলবু উবদা, মহুম্বু যমুনানি নিংঙি। মহুম্বা প্রেমদা চৎহুনা প্রভুনা জগোই শাই কপহুনা তাররে ॥৫৩॥ লম্বিদা চৎপদা ভট্টাচার্যনা মমা-মপান মহৈবু। মহুদা অহুম্বা কংবা মহুবু লোইনা পুরকই ॥৫৪॥ অহুগুম্বা প্রভুনা লৈরুবা মহুদগী ব্রাহ্মনা। মী মভা তরেংনা লাকুনা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরবি ॥৫৫॥

কনানা চেং পুরক্লুনা ভট্টাচার্য্যগী মকমদা পিররে। কনানা শঙ্গোম্ অনৌবা অকম্বা, কনানা মী চিনি পুরকই ॥৫৬॥ মহুদা ব্রাহ্মন লৈতবা, মহুম্না শুচি ওইবা সাধুশিংনা। লাকুনা পুম্নমক্না ভট্টাচার্য্যনা প্রভুগী নিমন্ত্রন তৌরৈ ॥৫৭॥ ভট্টার্য্যনা থোংবদা মাগী মনা মশিংগী মথেল কৎলি। বন্গী ইন্শাংদা প্রভুগী পুক্নিংনা মুভাইবা ওইরি ॥৫৮॥ মুমিৎ নিনি মরিনিগী থমহৌহনা লোইনজরি। মহুম্না অহাংবা বন মী তারমদবা ॥৫৯॥ মহুদা ভট্টাচার্যনা চেং অহুবু থোংঙি। মপান মহৈগী অয়াম্বা বনগী ইন্শাং থোংঙি ॥৬০॥ বম্দা চাবদা প্রভুগী য়াম্না থোইদাক্না পেল্লি। য়াম্না মুভাইনা চা থক্লুনা মুমিৎ অহু অচিক্পদা লৈরে ॥৬১॥ ভট্টাচার্য্যনা তৌবা সেবাগুম্বা মুংশিনা মনাইহন্নু তৌই। মাগী ব্রাহ্মনা ঈশিং থুক্রাই বহির্বাসবু পুজেম্মী ॥৬২॥ চিংদগী চেম্পুরকপা ঈশিং অসাবনা সন্ধ্যা অহুমদা ইরজৈ। নোংঙানবা মুমিৎ তাবদা শিংয়াম্ থাহুনা মৈ ভিকই ॥৬৩॥ অতৎপা লৈতনা প্রেমদা চৎহুনা অচিকপদা চৎলি। মুভাইবা খনা প্রভুনা য়া অমা হায়রকই ॥৬৪॥ তাও ভট্টাচার্য্য? ঐনা দেশসি য়াম্না লাক্লে। বনগী লম্বিগী মুভাইবগী কদাইদম্নু মরিক মখিক

নোইররে ॥৮৬॥ প্রভুগী মহাপ্রসাদিদো মিশ্রনা শাগৈ পুন্নমকপু চাজহল্লি। "প্রভু লাকলে" তাবদা চন্দ্রশেখর লাকলে ॥৮৭॥ তপন মিশ্ররগী মক্কপনি মাহাক্না হায়গী প্রভুগী মনাইনি। বৈদাজাতিনি লাইরিক্ ইবনি বান্নানসিদা লৈফমনি ॥৮৮॥ লাক্লুনা প্রভুগী চরন্দা তান্নতুনা কপলবে। হৌগৎ-হল্লগা প্রভুনা মাবু থৌজানবীবদগী কোনবী ॥৮৯॥ চন্দ্রশেখরনা হায় প্রভু! য়াম্না থৌজানবীতুনা। ইবুঙেঙো নহাক্না লাক্লুনা ননাইদা উহলবিররে ॥৯০॥ ন,াই ঐহাক্না তৌজরকপনা কাশীদা লৈফম ওইবে। জীববু ঈশ্বরনি হায়বা নত্তুনা নাকোংদা তাবা লৈতে ॥৯১॥ (ন্যায়, বৈশেষিক, সাংখ্য, পাতঞ্জল, পূর্ব্বমীমাংস, উত্তরমীমাংসা, বেদান্ত) মসিদা "হায়রিবা দর্শন তককসিতা„ ভাংবা নত্তবা রাবু নাকোংদা তাদে। মিশ্রনা থৌজানবীতুনা ঐঙোন্দা শ্রীকৃষ্ণগী রাবু তাহল্লি ॥৯২॥ অতৎপা লৈত্তনা নংগা শ্রীচরণবু অনিনা নিংজবনি। পুন্নমক থংবা ঈশ্বরনি নংনা লেংলকলগা উহলবিররে ॥৯৩॥ হায়বা-তাবদা মহাপ্রভুনা। শ্রীবৃন্দবন চংকদবদগী। শ্রীচৈতন্য মানা সুমিৎ কয়ানি মরুম লৈবে মনাই অনিনা হায়জবদগী ॥৯৪॥ মিশ্রনা হায়-প্রভু? কাশীদা লৈরীবা অহুক্কী মথৈ। ঐগী নিমন্ত্রণ নত্তনা অতোপ্পগী লৌবিগনু ॥৯৫॥ মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা মনাই অনিগী খুত্থমগী মথানিনা। নিংলক্তে অহুমমকপু মতুদা সুমিৎ তরানি লৈখিরে ॥৯৬॥ মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মনা প্রভুবু য়েংগদবগীদমক লাকলে। প্রভুগী শকপু প্রেমবু উবদা অঙকপা ওইথরে ॥৯৭॥ ব্রাহ্মণশিংনা নিমন্ত্রন তৌবদা-প্রভুনা লৌদে। প্রভুনা হায়-ভসি ঐগী নিমন্ত্রনবু লৈখরে ॥৯৮॥ মতৌ অসুম্না সুমিৎ খুদিংগী নমহত্তুনা লৈথোকই। সন্ন্যাসী শিংগী তিনবা কিবদগী নিমন্ত্রনবু লৌদে ॥৯৯॥ প্রকাশানন্দ শ্রীপাদনা সভাদা কনহুনা। অয়াম্বা শিষ্যশিংবুপুন্থনা বেদান্তবু তম্বিরি ॥১০০॥ মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মণ মতৌমতা প্রভুগী লমচৎ উরগা লাক্লুনা। প্রকাশানন্দগী মমাংদা প্রভুগী লমচৎপু হায়রকই ॥১০১॥ শ্রীজগন্নাথক্ষেত্রদগী সন্ন্যাসী অমথক্ লাকলে। মহাক্কী মতিক তৌবা ঙমদো হায়বদা ঙমদে ॥১০২॥ থোইদোকপা চংখোনবা হকচাংনি অশেংবা স্নাগী কুচুনি। পাম্বোমবা খুঊ-দগী চোইম্থে মিৎনা থম্বাম্মি ॥১০৩॥ অহুক্কী মথৈ ওইবা ঈশ্বরগী অয়াম্বা খুদম্না ওইবা। পুন্নমক্তো মতুদা উরিবদো অঙকপা রাফমনি ॥১০৪॥ মাবু উবদা মসি কৃষ্ণনি হায়না নিংভি। মীহূনা মাবু উজবদা শ্রীকৃষ্ণগী সঙ্কীর্ত্তনবু তৌই ॥১০৫॥ অথোইবা শ্রীকৃষ্ণগী খুদম শ্রীভাগবত্ত তাবা। অহুঙবা অয়াম্বা খুদমশিংদো মঙোন্দা ফোংতোক্না উরি ॥১০৬। অতৎ অকাং চৈতন্য শ্রীকৃষ্ণ নাম্বু মাগী লৈযেংদা শোল্লি। মিৎ অনিদা পিনা শিম্থে গঙ্গাগী ঈচেল গম্না ॥১০৭॥ মিকুপ অমা কপ্পী, নোকই, জাগাই শাই, ঈশৈ শকই। মিকুপ অমনা লোশাগী ঙংবাগুম্ন ঙংলকই ॥১০৮॥ মাগী মমিং জগৎ ফহনবা "শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য" কৌই। মাগী মমিং, মশক, মগুণ, পুন্নক্কো চাংতমনিঙাই লৈতে ॥১০৯॥ মাগী ঈশ্বরগী মচাঙ্গা উববা মাত্তনা থংগনি। ওইথোক্তবা রাবু তাবদা কনানা থাজগদবগে থাজরোই? ॥১১০॥ তারগা প্রকাশনন্দনা খান্না নোকখ্রে। মহারাষ্ট্রি ব্রাহ্মন্দা ফাগি তৌত্নো হায়রকই ॥১১১॥ গৌড়দেশদা ভাবক সন্ন্যাসীদা তাথি। কেশব ভারতীগী শিষ্যনি মীশিংবু নমহৎপনি ॥১১২॥ মাগী মমিং "চৈতন্য" কৌই ভাবক শিংবু পুন্থনা। দেশ দেশ খুন খুন্দা কোইহুনা জগোই শাথি ॥১১৩॥ মাবু মীহূনা উবদা, মীহূনা মাবু ঈশ্বরনি হায়রিনি। মাবু উবা মীহূবু সুম্মাৎপনি মিত্রং হায়বা মহৈনা অহুম্না তৌবনি ॥ ১১৪ ॥

তথাহি—হরিভক্তিবিলাসস্য ১১ বিলাসে ২৬৯ অঙ্কধৃত পদ্মপুরাণবচনম্।

নাম চিন্তামণিঃ কৃষ্ণশ্চৈতন্যরসবিগ্রহঃ। পূর্ণঃ শুদ্ধো নিত্যমুক্তোঽভিন্নত্বান্নামনামিনোঃ ॥৫॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ পূর্ববিভাগে সাধনভক্তিলহর্য্যাং ১০৯ শ্লোক

অতঃ শ্রীকৃষ্ণনামাদি ন ভবেদ্গ্রাহ্যমিন্দ্রিয়ৈঃ।
সেবোন্মুখে হি জিহ্বাদৌ স্বয়মেব স্ফুরত্যদঃ ॥৬॥

**অন্বয় ঃ**—নাম-নামিনোঃ—মমিংগা মশাগা। অভিন্নত্বাৎ—তোউান্দবা মরমদগী, নাম-শ্রীকৃষ্ণগী নাম হায়বসি, চিন্তামণিঃ—অনিংবা পুম্মকপু থোকহনবা য়াইনি, কৃষ্ণঃ—শ্রীকৃষ্ণদো, চৈতন্যরসবিগ্রহঃ—অথংবনে-অপেনবনে অসিগী মশক্কি, পূর্ণ—অথনবনি। শুদ্ধঃ—অশেংবনি, নিত্যমুক্তঃ—মায়া পক্কবা অরেপ্পনি ইতি ॥ ৫ ॥

**অন্বয় ঃ**— অতঃ মরম অসিদগী, শ্রীকৃষ্ণনামাদি—শ্রীকৃষ্ণগী নামনচিংববু, ইন্দ্রিয়ৈ—অচম্বা হকচাং কায়াংনা, গ্রাহ্যং—লৌগদবদা, ন ভবেৎ—ওইদে, অদঃ শ্রীকৃষ্ণগী মায়চিংবনা, স্বয়ং—মতোমতনা, হি—লেপ্পা, জিহ্বাদৌ—লৈয়েংনচিংবদা, স্ফুরতি—কাওরমই ইতি ॥ ৬ ॥

সার্বভৌম ভাট্টাচার্য্য পাঙ্গলবা পণ্ডিতনি। চৈতন্য সিপা তিন্নরুবদগী ভাওথরে হায়না তারে ॥১১৫॥ সন্ন্যাসনি মমিংতনি থোইদোক্না মিত্রং তৌবনি। কাশীপুরদা মাগী পুক্কিং মুবদো য়োনবা সিংলোই ॥১১৬॥ মাগী মনাক্তা চৎলুম্ন বেদান্তবু তাও। মিরৈহত্তোবা মীশিংগা তিনরবদি হিংলিডৈদম্নু শিরবম্নু অনিমক মাংই ॥১১৭॥ অসি তাবদা ব্রাহ্মণ অনিনা য়াম্না অরাবা ফংলে। "কৃষ্ণকৃষ্ণ" শোল্লগা মকম অহুদগী হৌগৎতুনা চৎখ্রে ॥১১৮॥ লাক্তুনা প্রভুবু উবদা মাগী পুক্কিদো শেংজরমে। মাহারা-ক্লিনা প্রভুগী মাংদা অরাবা ওইনা রারমদো হায়জে ॥১১৯॥ তাবদা মহাপ্রভুনা মোমন নোকলগা লৈথরে। অমুক হুনা ব্রাহ্মণনা অমুম্না প্রভুদা হংডি ॥১২০॥ মতমচুদা প্রকাশানন্দগী মাংদা ঐনা নংগী মিংবু পাম্নবদা। মানা নংগী মিংবু খাওনম্মি মহাক্না হায়রকই ॥১২১॥ নংগী অকাইবা হায়রবদ মানা মিংগী মরেম্ম হায়রকই। "চৈতন্য চৈতন্য" হায়না [illegible] হায়রকই ॥১২২॥ [illegible] মাগী [illegible] নামু [illegible] মানা [illegible]

নংগী নামু তারগা অরাবা ফংডি ॥১২৩॥ শ্রীকৃষ্ণবু মানা পন্দ্রিবগী মরমসিবু থোক্কানবিহুনা ঐভোন্দা হায়বিউ। নংবু উবদা ঐগী ইচিন্দা "কৃষ্ণহরি" শোলথি ॥১২৪॥ প্রভুনা হায়—চুমদবা ভাংবক্তি শ্রীকৃষ্ণ থৌওইদবনি। "ব্রহ্ম আত্মা চৈতন্য" অসি অতংপা লৈতনা হায় ॥১২৫॥ থৌওইদবা মরম অহু মাগী মচিন্দা 'শ্রীকৃষ্ণগী নাম' লাক্কবনি। শ্রীকৃষ্ণগা-শ্রীকৃষ্ণগী নামগা-অনিসি চপমাতে ॥১২৬॥ শ্রীকৃষ্ণবে, শ্রীকৃষ্ণগী নামনে, শ্রীকৃষ্ণগী অহেম্বপা অশাবা মশকনে. অহুমশিমক অমত্তনি। অহুম অসিদি তোভাম্নদে, অহুমসিনা অথংবা, মুংডাইবা অরেপ্পগী মশক্কি ॥১২৭॥ মশাগা শ্রীকৃষ্ণগা, মমিংগা মশাগা, শ্রীকৃষ্ণদি, তোভানে। মমিংনে, মশাগনে, অশাবা—অক্নকপা মশক্কে তোঙবসি [illegible] মচংনি ॥১২৮॥

**অনুবাদ ঃ**— [illegible] মমিংগা মশাগা [illegible] শ্রীকৃষ্ণগী নাম হায়বসি অনিংবা [illegible] শ্রীকৃষ্ণদো [illegible]

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১১ স্কং ১২ অং ৫২ শ্লোক।

স্বসুখনিভৃতচেতাস্তদ্ব্যুদস্তান্যভাবোঽপ্যজিতরুচিরলীলাকৃষ্টসারস্তদীয়ম্।
ব্যতনুত কৃপয়া যস্তত্ত্বদীপং পুরাণং তমখিলবৃজিনঘ্নং ব্যাসসূনুং নতোঽস্মি ॥ ৭ ॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১ স্কং ৭ অং ১০ শ্লোক।

আত্মারামশ্চ মুনয়ো নির্গ্রন্থা অপ্যুরুক্রমে।
কুর্ব্বন্ত্যহৈতুকীং ভক্তিমিত্থম্ভূতগুণো হরিঃ ॥ ৮ ॥

---

**অন্বয় :**—স্বসুখ:নিভৃতচেতাং—পরমাত্মাগী সুডাইবা পুক্লিং ওইবা, তদ্ব্যুদস্তান্যভাব;—মহুতনা অতোপ্পবু নিংত্রবা, অপি—অমসুং, যঃ—মানা, অজিতরুচির লীলাকৃষ্টসারঃ—ডমফত্রবা শ্রীকৃষ্ণগী নিংথিজরবা লীলাতনা পুক্লিংবু কাথ্রত্নুনা, কৃপয়া—থৌজান্‌বীহুনা, তদীয়ং—শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা, তত্ত্বদীপং—অরেপ্পা মশক্কী থাংমৈ, পুরাণং—শ্রীমৎভাগবতপু, ব্যতনুত—সন্দোকখি। তাং -অহংগুম্বা, অখিলবৃজিনঘ্নং,—পাপ পুম্নমকপু মাংহল্লবা, ব্যাসসূনু—শ্রীব্যাসগী মচা শ্রীশুকদেববু, নতঃ অস্মি—ঐনা খুরুমজৈ ॥ ইতি ॥ ৭ ॥

**অন্বয় :**—অরবিন্দনযস্য—মিং থম্বাল ওইবা, তস্য—শ্রীকৃষ্ণগী, পদারবিন্দকিঞ্জল্কমিশ্র-তুলসী মকরন্দবায়ু—শ্রীচরণ থম্বালগী লৈরিক্কা তিন্নরবা তুলসীগী মনমপুবা নুংশিংনা, স্ববিবরেন—নাতোম্না মরম ওইহুনা, অন্তর্গতঃ থম্মোইদা চিংসিনখিবহুনা, অক্ষরজুষাং—জ্ঞানীগী মুডাইরবা, অপি—অমসুং, তেষাং—মথোইগী, চিত্ততন্বোঃ—পুক্লিং হকচাংগী, সংক্ষোভং—চংখোম্না লাংতক্রববু, চকার—তৌখি ॥ ইতি ॥৮

অথনবনি, অসেংবনি, মায়া পক্তবা অরেপ্পনি।
ইতি ॥৫॥

**অনুবাদ :**—মরম সিদগী শ্রীকৃষ্ণগী নাম-চিংববু অচম্বা হকচাংগী কায়াংনা লৌগদবা ওইদে। শ্রীকৃষ্ণগী, মশক-মগুণ, কৃষ্ণনা শান্নবা, নামনচিংবনা শ্রীকৃষ্ণগী পেনবীনবদা মাই ওনসিল্লবা মীহুগী লৈয়েংনচিংবদা মতোমতনা ফাওরকুই ॥ ইতি ॥
ব্রহ্ম জ্ঞানীগী মুডাইবদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা রসনা অহেনবা, অথনবা মুডাইবনি। ব্রহ্ম জ্ঞানীদগী শ্রীকৃষ্ণগী লীলা রসনা চিংসিন্দুনা আত্মাদো থুহম চল্লি ॥ ১৩১ ॥

**অনুবাদ :**—পরমাত্মাতনা মুডাইরবা পুক্লিং ওইবা, মহুতনা অতোপ্পবু নিংত্রবা অমসুং শুকদেব-না শ্রীকৃষ্ণগী ওইবা অরেপ্পা মশক্কী থাংমৈ শ্রীমৎ ভাগবতপু [illegible]। অহংগুম্বা পাপ পুম্নমকপু [illegible] শ্রীব্যাসগী মচা শ্রীশুকদেববু ঐনা খুরুমজৈ ইতি ॥ ৭॥

ব্রহ্মজ্ঞানীদগী হেন্না, মুডাইবনা থক্কবা শ্রীকৃষ্ণগী মগুণনি। মরম অহুম্না কৃষ্ণগী গুণনা আত্মারামশিংগী পুক্লিংবু চিংশিল্লি ॥ ১৩২ ॥

(৮ শ্লোকোঃ সঃ ৬।১৫। গুবা শ্লোকদা য়েংউ ॥
মসিদা পুম্নমকশিবু লৈখিসনু শ্রীকৃষ্ণগী চরণগী মরি লৈরবা। তুলসীগী মগুণনা আত্মারামশিংগী পুক্লিংবু হরিবল্লি ॥ ১৩৩ ॥

মিং থম্বাল ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী চরণ থম্বালগী লৈরিক্কা তিন্নরবা তুলসীগী মনম পুবা মুংশিংনা, নাতোম্না মরম ওইহুনা থম্মোইদা, চিংসিনখিবহুনা জ্ঞানীগী মুডাইরবা অমসুং ব্রহ্মাগী মচা সনকন-চিংবশিংগী পুক্লিং হকচাংগী চংখোম্না লাংতক্রববু তৌখি। ইতি

মরম অসিনা "শ্রীকৃষ্ণগী মায়া" মাগী মহিমা [illegible] বনি। কাশীগী [illegible] ভাবশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু [illegible]

য়েরুবনি ময়মহুনা ।।১৩৪।। ঐনা শ্রীকৃষ্ণগী অপাম্ববু য়োলগে লাকপনি কাশীপুরদা লৌবিনবা লৈত্রে, য়োম্নরোই যুমদা পুম্নুনা চৎকনি ।।১৩৫।। পোৎলুম পুম্নুনা লাক্লগা করম্না হনগনি। মমলদো থজিক্তংদা কংলবদি মকর্মাসদা য়োম্নমগে ।। ১৩৬ ।। অসি হায়হুনা প্রভুনা মহারাষ্ট্রী ব্রাহ্মণসিবু মনাই ওই-বিরে। নোংঙানবদা হৌগংতুনা শ্রীগৌরহরিনা মথুরাদা চৎথরে ১৩৭ ।। মথোই অহুম অসিনা লোইনহুনা চৎলি, প্রভুনবু থামলে। লাপলবদগী শ্রীতপনমিশ্র, চন্দ্রশেখর, মহারাষ্ট্রী মথোই অহুম-মকপু ময়ুমদা প্রভুনা থারক্লে ।। ১৩৮ ।। প্রভুগী কাইনরবদা অহুমক্না অনত্তা ওইনা তিম্ন-হুনা। প্রভুগী গুণবু শক্তুনা হুংসিজবনা ময়াই কাথরে ।।১৩৯।। প্রভুনা প্রয়াগতা, লাক্তুনা ত্রিবে-ণীদা ইরুজরে। মাধববু য়েংহুনা প্রেমতনা জগোই-শাই ঈশৈ শকই ।।১৪০।। যমুনা উরগা প্রেমদা তারহুনা চোংথরে। তুকুপ-তরাংনা প্রভুবু ভট্টা-চার্য্যনা লোথত্তুনা থাজংলে ।।১৪১।। মতৌ অশুম্না হুমিং হুমনি প্রয়াগ্‌তা লৈহুনা। শ্রীকৃষ্ণ-গী নাম প্রেম পিহুনা মীয়াম্বু লানবিরগা।১৪২।। মথুরাদা লেংলকলে প্রেমতনা চৎলুবা লৈকবা মহুদা। শ্রীকৃষ্ণগী নাম-প্রেমবু পিহুনা মীয়াম-শিংবু জগোই শাহল্লি ।।১৪৩।। মমাংঙৈদা দক্ষিন্দা চত্তুনা মীয়াম্বু লানবীবা অহুগুম্না। নোংচুপ দেশকী মীয়ামশিংবু অহুগুম্না বৈষ্ণব ওইহল্লি ।।১৪৪।। অদ্দিদা মহু মহুদা যমুনাবু উরুউরুবদা। প্রেমতনা অন মাংহুনা যমুনাদা চোংথহুনা তায় ।।১৪৫।। মথুরাগী মনাক্তা লাক্তুনা শ্রীমথুরাবু য়েংহুনা। প্রেমদা চংবা ওইহুনা দণ্ডবৎ তৌনা তাররে ।।১৪৬।। মথুরাদগী লাক্তুনা বিশ্রান্তি তীর্থবু ইরুজরে। শ্রীকৃষ্ণগী পোকপদা কেশব-শ্রীকৃষ্ণবু য়েংহুনা থুনলি ।।১৪৭।। প্রেমা হুত্তাইহুনা জগোই শাই ঈশৈ শকই হুইনা কালকই। প্রভুগী প্রেমদা হংবহু উবদা মীয়াম্না ঙকথরে ।।১৪৮।। ব্রাহ্মণ অমনা প্রভুগী চরন্দা কোন্দুনা তাররে। প্রেমদা চংহুনা প্রভুগা লোইননা জগোই শামিন্নরে ।।১৪৯।। অনিমক্না প্রেমতনা জগোই শাই কোনস্থ কোয়ে। "হরি কৃষ্ণ শোল্লো" মথোই অনিনা পাম্বোম থাজত্তুনা হায়ণ।।১৫০।। মীয়াম্না "হরি হরি" শোন্দুনা নিন পোংহুনা লৈথরে। শ্রীকেশবগী সেবকশিংনা প্রভুদা লৈ পরেংবু শিবিবরে ।১৫১।। প্রভুবু উরদা মীশিংহুনা অঙকপা ওইহুনা হায়নৈ। শকসিগুম্বা প্রেমসিগুম্না মীওইবদা করিগুম্বদা ওইরোই ।।১৫২।। মহাকপু উবদা মীশিংনা প্রেমতনা মযায় কায। নোকই, কপ্পী, জগোই শাই, ঈশৈ-শকই, কৃষ্ণগী নাম্বু শোল্লি ।।১৫৩।। মহাকসি থোইদোক্না শ্রীকৃষ্ণনা লেপ্না পোক্লববনি। মথুরাদা লাক্তুনা মীশিংগী লানবিববনি ।। ১৫৪ ।। অহুগী মতুংদা অহুগুম্বা ব্রাহ্মন্দু চিংশিন্দুনা। অচিকপদা ফমলগা থজিক্তং সঙোন্দা হংডি ।।১৫৫।। অশেংবা তুলবিংবা ব্রাহ্মণ অহন নংনা। কদাইদগী নংগী অসিগুম্বা প্রেমলনবু ফংলুবনো ।।১৫৬।। ব্রাহ্মণনা হায় শ্রীপাদ শ্রীমাধবেন্দ্র পুরীনা। কোইনা কোইনা মথুরা নগরদা লাকই ।।১৫৭।। থৌজানবিহুনা মানা ঐগী যুমদা লাকপিবে। ঐবু শিষ্য ওইবিরে ঐগী খুত্তগী অচাথকপু লৌবিখি শ্রীগোপালনা ফোংতোকই মতিক চাওবা পুরিনা সেবাবু তৌই। হৌজিক্ ফাওবা শ্রীগোবর্দ্ধন্দা মাগী সেবানা লৈরি ।।১৫৯।। প্রভুনা-তাবদা ব্রাহ্মণগী চরন্দা খুরুম্লকই। অকিবা কংহুনা ব্রাহ্মণনা প্রভুগী চরন্দা খুরুমহনা তাথরে ।।১৬০।। প্রভুনা হায় নংনা গুরুনি, ঐনা শিষ্য গুম্বনি। গুরু ওইরগা শিষ্যদা খুরুম্বা মতিক ওক্তে ।।১৬১।। তারদা ব্রাহ্মণনা অঙকপা অকিবা কংহুনা হায়রকই। সন্ন্যাসী ওইরগা অহুগুম্বা ব্রাহ্মণদো কনিগী হায়রিবনো ।।১৬২ তৌইগুমবুং নংগী প্রেমসি উবদা পুক্নিংদা খল্লিবনি।

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ৩ স্কঃ ১৫ অঃ ৪৩ শ্লোকঃ।

তস্যারবিন্দনয়নস্য পদারবিন্দকিঞ্জল্কমিশ্রতুলসীমকরন্দবায়ুঃ।
অন্তর্গতঃ স্ববিবরেণ চকার তেষাং সংক্ষোভমক্ষরজুষামপি চিত্ততন্বোঃ ॥৯॥

তথাহি—শ্রীভগবদ্গীতায়াং ৩ অঃ ২১ শ্লোকঃ।

যদ্যদাচরতি শ্রেষ্ঠস্তত্তদেবেতরো জনঃ।
স যৎ প্রমাণং কুরুতে লোকস্তদনুবর্ত্ততে ॥১০॥

তথাহি—একাদশীতত্ত্বে ধৃত ব্যাসবচনম্

তর্কোঽপ্রতিষ্ঠঃ শ্রুতয়ো বিভিন্না নাসাবৃষির্যস্য মতং ন ভিন্নম্।
ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং মহাজনো যেন গতঃ স পন্থাঃ ॥১১॥

---

**অন্বয়ঃ**— তর্ক—নিঙাইনা, অপ্রতিষ্ঠা লেপতে, শ্রুতয়ঃ শ্রুতিশিংনা, বিভিন্ন—মথৎ মথৎ তোম্মী, অসৌ অদুগুম্বা, ঋষিঃ ঋষিশিংনা, ন—অমত্ত ওইদে, যস্য—মাগী, মতং—মতৌনা, ভিন্নং—তোঙাল্লি, ন অবেপ্পা ওইদে, ধর্ম্মস্য লমচংকী, তত্ত্ব—অরেপ্পবু, গুহায়াং—অচকপা থমোইদা, নিহিতং—হাপলবা, মহাজনঃ—অখোইবা মীনা, যেন—অদুগুম্বা লম্বীদ, গতঃ—চংখিবা, সঃ—মদুনা পন্থা—অরেপ্পা লম্বিনি ॥১১॥ ইতি

---

থংলে শ্রীমাধবেন্দ্রপুরীগী মরিবু নংনা পুরে হাযবসি ॥১৬৩॥ মীদুদা মহাক্কী মরি লৈরবা মীদুদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেম লৈবনি। মত্ত নত্তনা অসিগুম্বা প্রেম সিবু কদাইদস্ত মনম্বু ফংলোই ॥১৬৪॥ মতমদুদা ভট্টাচার্য্যনা পুরীগী মরিনি হায়রকই। তারবদা মুঙাইনা ব্রাহ্মণা জগোইবু শাবক্লে ॥১৬৫॥ অতুগী মতুংদা প্রভুবু ব্রাহ্মণা পুত্নুনা মযুমদা লাক্লে। মহাক্কী পামজবত্তনা প্রভুগী অযাম্বা সেবা তৌজে ॥১৬৬॥ চানবগীদমক্ ভট্টাচার্য্যবু থোংনববু তৌহল্লকই। মতমদুদা মহাপ্রভুনা নোক্নুনা রাইহেনা হাযরকই ॥১৬৭॥ পুরী গোসাঞিনা নংবু থোং-হল্লগা চাববু তৌখি। নংনা থোংলগা ঐঙোন্দা চানবা পিউ, মসিদি ঐগী তমজফায় ॥১৬৮॥ (১০ শ্লোকী অং ১।৩।৪ গুবা শ্লোকা রেংউ। তৌইগুম্নুং ব্রাহ্মণ অদো কোনোক বামোননি। কোনোক বামোনগী মযুমদা অমম্নুং মানা থোকবদি মহাক্কী চাক্কে ॥১৬৯॥ অদুগা রাজে হায়রকপু মহাক্কী বৈষ্ণবকী মচত্তো পুরী গোসাঞিনা উরদুনা। শিষ্য ওইহল্লগা মহাক্কু থাংলবা ভিক্ষাবু শ্রীমাধবেন্দ্রনা চাবিখ। ১৭০॥ অদুনা মতমসি মহাপ্রভুনা মংগ্রান্দা ভিক্ষাসিবু নিরিবনি। নোল্লুক্কা তৌদনা ব্রাহ্মণ অসিনা হাযজবকই ॥১৭১॥ নংত্তোন্দ ইখুৎন খোঙনা কংপদো, ঐসিগী য়াম্না লাইবব ফবনি নংদি ঈশ্বরনি নংগী লমচত্তা বারেনগদবা লৈতে ॥১৭২॥ খংদনা মীশিংনা নংগী অকাইববু তাংনব তৌরক্কনি অদুগুম্বা কত্তবশিংগী রাইহেদো থা জগদবদ চমংলাই ॥১৭৩॥ প্রভুনা হায় শ্রুতি স্মৃতি অয়াম্বা ঋষিশিংগী। অয়াম্বা মতৌনা অমত্তদা পুন্দ তোঙান তোঙানবা লমচংনি ॥১৭৪॥ অরেপ্পা লমচংপু লিংখৎনবগী-দমক্তদি সাধুগী লমচংনা ওইরি। শ্রীমাধবেন্দ্র পুরী গোসাঞিগী লমচত্তো মদুনা অরেপ্পা লমচংনি ॥১৭৫॥

---

**অনুবাদঃ**— শ্রীযুধিষ্ঠিরনা হায়রবনি :— নিঙাইনা অরেপ্পা লৈতে, শ্রুতি বেদশিংসু মথৎ মথৎ তোম্মী, অদুগুম্বা ঋষিশিংসু অমত্তা ওইদে,

শ্রীগোবিন্দলীলামৃতে ১৩ সর্গে ৩০ শ্লোকে শুকং প্রতি শারিকাবাক্যম্।

শ্রীরাধিকায়াঃ প্রিয়তা স্বরূপতা সুশীলতা নর্তনগানচাতুরী।
গুণালিসম্পৎ কবিতা চ রাজতে জগন্মনোমোহনচিত্তমোহিনী ॥১৩॥

তথ হি - গোবিন্দলীলামৃতে গ্রন্থকারস্য শ্লোকদ্বয়ম্

বংশীধারী জগন্নারীচিত্তহারী স শারিকে। বিহারীগোপনারীভির্জীয়ান্মদনমোহনঃ। ১৪॥
রাধাসঙ্গে যদা ভাতি তদা মদনমোহনঃ। অন্যথা বিশ্বমোহোঽপি স্বয়ং মদনমোহিতঃ ॥১৫॥

অন্বয়:—শ্রীরাধায়াঃ—শ্রীরাধাগী, পিয়তা—মুংশিবনা, স্বরূপতা—চংথোম্না—ফজবনা, সুশীলতা—লমচৎ ফজবনা, নর্তন-গান চাতুরী—জগোইদা-ঈশৈদা হৈবা, গুনালিসম্পৎ—গুনগী মপৈনা ইনাক খুম্ববী, চ অমসুং, কবিতা—.পনহৈবা রাহৈনসু, জগন্মনোমোহন—চিত্তমোহিনী—তাইবংপানগী পুক্লিংবু হুবা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্লিংবু গুম্নাংপি ওইহুনা, রাজতে—ডাল্লি ॥১৩॥ ইতি।

অন্বয়:—শারিকে—হে শারি?, বংশী ধারী—বাশী পাইবা, জগন্নারী-চিত্তহারী—তাইবংপানবগী নুপীশিংগী পুক্লিং হুবা, গোপনারীভিঃ—গোপীশিংগা লোইননা, বিহারী—সান্নবা, সঃ—অদুগুবা, মদন-মোহনঃ—কামু গুম্নাংপা শ্রীকৃষ্ণনা, জীয়াৎ—ডমজরসনু ॥১৪॥ ইতি।

অন্বয়:—যদা—শ্রীকৃষ্ণনা মতমত্তদা, রাধাসঙ্গে—শ্রীরাধাগা লোইননা, ভাতি—ডানবা, তদা—মতম অদুদা, মদন মোহন—কামু গুম্নাংপা ওইবনি, অন্যথা—শ্রীরাধাবু য়াওত্রবদি, বিশ্বমোহঃ—তাইবংপানবু গুম্নাংপা, অপি—ওইহনমকপু, স্বয়ং—শ্রীকৃষ্ণহুবু, মদনমোহিতঃ—কাম্না গুম্নাংলি ॥১৫॥ ইতি।

য়েম্নিংনা ভুজুংলি নৈহিনা পি শিস্থরী বন্ন কপচরি ॥ ১৯০। মপাল-মহৈ লুমথবহুনা প্রভুগী শ্রীচরন্দা থুরুমজরি। মকাম্ উরগা মরুপ্পা খুদোনপোং পুহুনা চৎপা অদুগুম্বনি ॥১৯১॥ প্রভুবু উবদা বৃন্দাবনগী অচৎপা চত্তবা পুম্নমক্কা। মুগাইরিবদো মরুপ্ উরগা মরুপশিংনা তৌবগুম্নি ॥১৯২। মথোই পুম্নমক্কী মুংশিবদো উরগা প্রভুনা মুংশি-বহুদা চংথরে। মথোইনা থুহুম চন্থ্রহনা মথোই-শিংগা লোইননা শারৈ ॥১৯৩, উরি উপান পুম্নমকপু প্রভুনা কোনবীরগা। নৈমচিংবা পুম্নমকপু নিংহুনা শ্রীকৃষ্ণনা কংলি ॥১৯৪॥ পিতাবা, লিকপা, ভুমুংবা, প্রেমনা হকচাংদা ওপ্তবা ওইরে। "কৃষ্ণ শোল্লু কৃষ্ণ শোল্লু" হায়বা মরমনা হায়রকই ॥ ১৯৫। মরুপশিংদো ভিজহুনা কৃষ্ণ শোলহনবা নিংলি। প্রভুগী মথক্তা মরুপশিং শোলহনবা হোৎনরম্মা ॥ ১৯৬ শজিগী মওঙ্গা কোল্লুনা প্রভুনা কপথরে। শজি-শিংগী মশাদা ভুজুংভি মমিঙা পি তারি ॥১৯৭॥ উগী উপাদা তেনবা লাবা অমোমনা উহল্লরে। মহুবু উবদা প্রভুগী থজিক্কং পুক্লিংনা তানিংভি ॥ ১৯৮॥ শুক-শারি (তেনবা লাবা অমোম্) অসি পাইথরকুনা প্রভুগী খুত্তা তোংলরে। শুকনা প্রভুবু তাননবা শ্রীকৃষ্ণগী গুণবু শ্লোকা থিরকই ॥১৯৯॥

অনুবাদ :—

শুকনা—হে শারি! ওম্নোক্পনি মাগী চংথোম্না কজবনা থোইদোক্লবী নুপীশিংগী অতম্নবু নৈহৎপা, শান্নবনা শ্রীলক্ষ্মীবু গুমহৎপা। পাঙ্গমা শ্রীগিরি-রাজবু নৈগী কিবুমগুম্না পুবা, গুণশিংনা পরার্দ্ধ হায়বা মশিংগী হেনবা, মক্তুবা লমচৎনা তাইবং পুম্নমকপু মুত্তাইজবা, অসিগুম্না ঐথোইগী ইবুঙো তাইবংপান পুম্নমক্কা খংবা. মিং চৎপা ওইবা,

তাইবংপান পুম্নমকপু শুমহৎপা শ্রীকৃষ্ণনা তাইবং পানবু ভাকপিসনু। ১২॥ ইতি।

শুকনা মচিন্দা মতমহৃদা শ্রীকৃষ্ণগী শিংথাববু ভারবা। মতমহৃদা শারিনা রাধিকাগী গুণবু শ্লোক শিংথোরি ॥২০০॥

অনুবাদ:— শারিনা হে শুক। শ্রীরাধাগী মুংশিবনা চংথোরা কজবনা, নমচং কজবনা অপোইদা ঐশৈদা হৈবৌ, গুণগী মপৈনা ইনাক্ খুনবী অমমুং পেন-হৈবৌবা রাইনেমু তাইবং পানবা ৩মুংকী পুক্রিং শুঙ্কংপা শ্রীকৃষ্ণগী পুক্রিং শুঙ্কংপী ওইহনা ভাল্লি ॥১৩॥ ইতি।

শুকনা অমুক হন্না হায় শ্রীকৃষ্ণদ কাম্নু শুঙ্কংলি। হায়রগা মতমহৃদ, শুকনা অতোপ্পা শ্লোকপু থিরক্লে ॥ ২০১ ॥

অনুবাদ:— শুকনা:—হে শারি! বাশী পাইবা তাইবংপানবগী তুনীশিংগী পুক্রিং হবা, গোপীশিংবা লোহননা শাব্বা, অতুগুম্বা কামু শুঙ্কংপা শ্রীকৃষ্ণনা চমজবা ওইরসনু॥ ১৪॥ ইতি

অমুক হন্না শারিনা শুকদা নোক্লহুনা হায়রকই। মহৃবু তাবদা প্রভুগা ভক্তা প্রেমদ, মুডাইগ্রে ॥২০২॥

অনুবাদ: শারিনা-হে শুক! শ্রীকৃষ্ণনা মহৃমহৃদা শ্রীরাধাগা লোইম্না ভাল্লবা মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা কামু শুঙ্কংপনি, শ্রীরাধাবু মাওজবা মতমদদি তাইবংপানবু শুঙ্কংপা ওইহুনমকপু শ্রীকৃষ্ণবু কাম্না শুঙ্কংলি ॥১ ॥ ইতি।

তেনবা লাব-অমোম্না অমুক হন্না পাইথিহুনা উপাদা তোংখরে। রাহোংগী অপোই উবদা প্রভুনা হকাওরকলে ॥২০৩॥ রাহোংগী মতকশনু উবদা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংতি। মহাপ্রভুনা প্রেমনা চ থিহুনা লৈবাক্তা তাথরে ॥২০৪॥ রাম্বরবা প্রভুবু উবদা অতুগুম্বা ব্রাহ্মণ অতুগী। ভট্টাচার্য্যগা লোইনম্না প্রভুবু থোইদোক্না পেনহল্লি ॥২০৫॥ অতুগ তারাংলো মহাপ্রভুগী বহির্বাসবু পাইহুন্না। হমাই হমুই প্রভুগী হকচাংদা ঐশিং থিকই ॥২০৬॥ প্রভুগী নাকোংদা 'কৃষ্ণগী নামু' মাংনা শোল্লি। অমাং তারক্কনা প্রভুনা থয়ো থরো ওল্লি ॥২০৭॥ তিং-থম্না থুদোং থিরবা মন্না হকচাংলো খোবাংলে। ভট্টাচার্য্যনা প্রভুবু কোনসিন্নুম্না শুপথহল্লে ॥২০৮॥ শ্রীকৃষ্ণদা চংবনা প্রভুগী পুক্রিংদো হিক হিক লাওরে। 'হাবউ হাবউ' হায়না হৌশত্রুনা অপোই শারকই ॥২০৯॥ ভট্টাচার্য্যনা ব্রাহ্মণ অতুগা "কৃষ্ণগী নাম" শোল্লি। অপোই শাবা শানা নম্বিদা প্রভুনা চত্তুনা লাকপা ॥২১০॥ প্রভুগী প্রেমদা চংবসিবু উবদা ব্রাহ্মণন ঙকখ্রে। প্রভুগী ডাকুনবগীদমক্তা ব্রাহ্মণা রাখল তোথরে ॥২১১॥ অতুনা নীলাচলদ লৈবিডৈদ অতুম্না প্রেমদা চংবা পুক্রি দগী। শ্রীবৃন্দাবন চংশকপা নম্বিদা শকক চাম্না ওইরি ॥২১২॥ শ্রীমথুরাবু উবদা প্রেমগী শকক লিশিং হেনগৎলে। শ্রীবৃন্দা-বনদা কোইররবা মতমদা প্রেমগী মতিক্তা নক্ক অমা হেনগৎলি ॥ ২১৩ ॥ অতোপপা দেশদা "শ্রীবৃন্দাবনবু" পনবদা প্রেম্না হৌরিবনি। অতুগুম্বা শ্রীবৃন্দাবনদা সংসংনা কোইববা হৌজিক্ত ॥২১৪॥ অহিং মুংথিন্দা প্রেমতনা প্রভুগী পুক্রিংনা হিক্ হিক লাওরে। তোইরকপতনা ইরুজবা প্রসাদি মংবনচিবদো কাইদনা তৌরি ॥২১৫॥ মতৌ অমুম্না প্রেমতনা বন ভরানিথোইদা কোইরিবা অতুকী মথৈবু। অমত্তা ওইনা ইজরি, পুম্নমক্তা তোপ্তাম্না শিংথাজদরে ॥২১৬। শ্রীবৃন্দাবনদা ওইবা প্রভুগী অকাম্বা প্রেমগী শককমদা। লাইরিক কোটিদা অমত্তনা চৈতন্যগী প্রেমু নম্বোক্তা ইরবা ॥২১৭॥ অতুম ওইহুনমকপু মাগী মরিক অমনু ইমাকখা ওয়দে। অধর্মরগীমক্তা মাইক উৎগতমি ॥২১৮॥ তাইবংবান শুনক চৈতন্যগী লীলাগী কুমাক্তা।

মাগী অতুক্ ওইবা পাজনা অতুক্ ওইবা ঈপাক্তদ ইবোইজরি ॥২১॥ শ্রীরূপ রঘুনাথকী চরনদা ঐনা থুরুমজরদুনা শ্রীচৈতন্যগী অরেপ্পা মাংদবা থুমলবা লমচৎপু কৃষ্ণদাসনা হায়রিজে ॥২২০॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা শ্রীবৃন্দাবনদা লেঙবা

হায়বা তরাতরেত্তবা পরিচ্ছেদনি।

# অষ্টাদশ পরিচ্ছেদ

বৃন্দাবনে স্থিরচরান্নন্দয়ন্ স্বাবলোকনৈঃ। আত্মানঞ্চ তদালোকাদ্গৌরাঙ্গঃ পরিতোঽভ্রমৎ ॥১॥

তথাহি—লঘুভাগবতামৃতে উত্তরখণ্ডে ৪১ অঙ্কধৃতপদ্মপুরাণ।

যথা রাধা প্রিয়া বিষ্ণোস্তস্যাঃ কুণ্ডং প্রিয়ং তথা। সর্ব্বগোপীষু সৈবৈকা বিষ্ণোরত্যন্তবল্লভা ॥২॥

অন্বয়:—গৌরাঙ্গঃ—শ্রীগৌরাঙ্গনা, স্বাবলোকনৈঃ—মাগী মিৎয়েংনা, বৃন্দাবনে—শ্রীবৃন্দাবনদা, স্থির-চরান্—অচৎপা চত্তবশিংবু, নন্দয়ন—নুডাইহন্দুনা, তদালোকাৎচ—মথোইবু য়েংবদগীসু, আত্মানং—মহাক্না নুডাইনা, পরিতঃ—শ্রীবৃন্দাবনগী মাইকৈ পুম্নমক্তা, অভ্রমৎ—কোইথি ॥১॥ ইতি।

অনুবাদ:—শ্রীগৌরাঙ্গনা মাগী মিৎয়েংনা শ্রীবৃন্দাবনদা অচৎ চত্তবশিংবু নুডাইহন্দুনা, অমসুং মথোইবু য়েংবদগী মহাক্নসু নুডাইনা শ্রীবৃন্দাবনগী মাইকৈ পুম্নমক্তা কোইথি ॥১॥ ইতি।

শ্রীগৌরচন্দ্রবু হয়্না হয়্না থুরুমজে শ্রীনিত্যানন্দবু থুরুমজে। শ্রীঅদ্বৈত চন্দ্রবু থুরুমজে গৌর ভক্ত-শিংবু থুরুমজে ॥১॥ মতৌ অসুম্না মহাপ্রভুনা অপোই শানা শানা। আরিটদা লৈবা মীয়ামদা শ্রীরাধাকুণ্ডগী পাও হংলরে। কনা অমত্তনা হায়-জরে, লোইনরিবা মথুরাগী ব্রাহ্মনসু থংদে ॥৩॥ [illegible] হয়্বা খংবা পুম্নমক্তা তিনবা প্রভুনা তীর্থনা [illegible]। লৈরিবা [illegible] অদুদা শ্রীরা-[illegible] ঈশিং থ[illegible] ইরুরে ॥৪॥ উবদা থুনহুগী মী পুম্নমকী পুক্নিংনা অঙকপা ওইখ্রে। মতম অদুদা প্রেমতনা প্রভুনা শ্রীরাধা কুণ্ডবু হায়জরকই ॥৫॥ গোপী পুম্নমক্তগী শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী চাম্নথোইবীনি। অদুগুম্না চাম্নবাগী কুণ্ড শ্রীরাধাকুণ্ডনা শ্রীকৃষ্ণগী চাম্ন-থোইবীনি ॥৬॥

(২, শ্লোকী: অ: ৪।৪ তবা শ্লোক্তা য়েংউ।)

অসিগুম্বা শ্রীরাধাকুন্দদা নিতিগী শ্রীরাধাগা লোইননা শ্রীকৃষ্ণনা। ঈশিংদা ইরোইদুনা শান্নে, মপান্দা রাসনা হরাওনা শান্নে ॥৭॥ অসিগুম্বা শ্রীকুণ্ডদা মীচুনা অমুক্তং ইরুজররবা। মাগা শ্রীরাধাগা মান্ননা নুংশিবদো শ্রীকৃষ্ণনা পিবী। শ্রীকুণ্ডগী মীপুক হবদো শ্রীরাধাগী মীপুক হবগুম্নি। শ্রীকুণ্ডগী মতিক্তো শ্রীরাধাগী মতিক্কুম্ননি ॥৯॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কঃ২১ অঃ ১৮ শ্লোকঃ।

হন্তায়মদ্রিরবলা হরিদাসবর্যো যদ্রাম কৃষ্ণচরণস্পর্শ-প্রমোদঃ।
মানং তনোতি সহগোগণয়োস্তয়োর্যৎ পানীয়সূযবসকন্দর-কন্দমূলৈঃ ॥৫॥

তথাহি—ভক্তিরসামৃতসিন্ধৌ দক্ষিণবিভাগে বিভাবলহর্য্যাং ২৬ শ্লোকঃ।

বামস্তামরসাক্ষস্য ভুজদণ্ডঃ স পাতু বঃ। ক্রীড়াকন্দুকতাং যেন নীতো গোবর্দ্ধনো গিরিঃ ॥৬॥

---

অন্বয়ঃ—হন্ত অবলা—হে পাঙ্গলদবীশা, অয়ং—অসি গুম্বা, অদ্রিঃ—শ্রীগোবর্দ্ধনা হরিদাসবর্যঃ—শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা মনাইনি, যৎ—মরম অদুনা. রাম কৃষ্ণ চরণস্পর্শপ্রমোদঃ—শ্রীরামকৃষ্ণগী শ্রীচরণা শোকপদা হরাওনা মানা, পানীয়সুযবস কন্দর-কন্দমূলৈঃ—থক্কবা ঈশিং-অকথা শজিক-পাল মঙ্গানচিংবনা, সহগোগনয়োঃ—ষন অমসুং মন্দপশিংগা লোইনবা, তয়োঃ—শ্রীরামকৃষ্ণ অনিগী, মানং—ইকাইখুম্নববু, তনোতি—সন্দোকই ॥৫॥ ইতি।

অন্বয়ঃ—যেন—মানা. ভুজদন্তেন—পাম্বোমতনা, গোবর্দ্ধন—শ্রীগোবর্দ্ধন কৌবা, গিরিং—চীংবু, ক্রীডাকন্দুকতাং—শান্নবগী ফিবুনগুম্না, নীতঃ—ফংহনবা, তামরসাক্ষস্য—শ্রীকৃষ্ণগী. সঃ অদুগুম্বা, বামঃ—ওইগী, ভুজদন্তঃ—পাম্বোমনা, বঃ নখোইবু, পাতু—ঙাকসনু ॥৬॥ ইতি

---

শ্রীগোপালদেব উববু করম্না ফংগবা ॥ ২০ ॥ পুক্রিংদা অসি থম্লুনা প্রভুনা তুমিন্না লৈরে। থংলহুনা গোপালনা খাজিক্কং মরৈ অমা তৌবকই ॥২১॥ অন্নকুট কৌবা খুন্দা শ্রীগোপাল দেবগী লৈফমনি। মীয়াম-রাজপুতশিংনা খুন অদুদা লৈরিবনি ॥২২॥ অহিংদা নিপা অমা লাকুনা খুন্দুদা হায়রম্মী। মথোইগী খুন অসিবু হাংক-দবগী পাওন লানমীশিং থৌরাংলক্লে ॥২৩॥ তসিনী অহিংদা চেনহৌরো খুন্দা মী অমত্তা লৈরম্ব। নবুত্তা পুন্থনা চেনহৌরো মীহাৎপা পাওনশিং লাক্লগনি ॥২৪॥ তারবদা খুন্দুগী মীয়ামা রাখল তৌমরগা। অহানবদা শ্রীগোপাল পুন্থনা গাঁঠুলি খুন্দা থমলমে ॥২৫॥ ব্রাহ্মণগী মুমদা শ্রীগোপালগী চিকপা লেবাক্ তৌরমে। মী পুমনক চেনথরে খুন্দুদা মী লৈত্রে হায়রাং হাংলে ॥২৬॥ অমুম্না পাওন [illegible] শ্রীগোপালনা কাইহৎনা হম্না চেন্নি-[illegible] [illegible] খুন্দা লৈ [illegible] খুন্দুন্দু লৈ ॥২৭॥ মোংওনবা মতমদা প্রভুনা মানল শরাদা ইকরগা। শ্রীগোবর্দ্ধন পরিক্রমা তৌগে লাকপদ ॥ ২৮॥ শ্রীগোবর্দ্ধনবু উবদা প্রভুনা প্রেমদা চংঙা ওইহনা। জগোই শানা শানা চত্তুনা শ্লোকসু থিরকই ॥২৯॥

**অনুবাদ:**—হে পাঙ্গল শোনবীশা! অসিগুম্বা শ্রীগোবর্দ্ধনা শ্রীকৃষ্ণগী অথোইবা মনাইনি, মরম অদুনা শ্রীরাম-কৃষ্ণগী শ্রীচরণা শোকপদা হরাওনা মানা থক্কবা ঈশিং অকবা শজিক পাল মঙ্গানচিংবনা, যন অমসুং মন্দপশিংগা লোইনবা শ্রীরাম কৃষ্ণগী ইকাইখুম্নবা পোননবু শন্দোকই ॥ ৫ ॥ ইতি

গোবিন্দকুণ্ডমচিংবা তীর্থদা প্রভুনা স্নানবু তৌরমে। মতুদা তারমে শ্রীগোপালনা গাঁঠুলি খুন্দা [illegible]-পসি ॥৩০॥ খুন অদুদা চত্তুনা শ্রীগোপালবু দর্শনবু তৌরমে। প্রেমদা চংহনা প্রভুনা জগোই শাই শকই ॥৩১॥ শ্রীগোপালগী [illegible] উবদা প্রভুগী পুক্কিমা চংহনা। শ্লোকসি [illegible] জগোই শাহনা [illegible] ॥৩২॥

অনুবাদ :—মানা পাম্বোমজনা শ্রীগোবর্দ্ধন কৌবা চিংবু লৈগী কিবুনগুম্বা কংহনবা শ্রীকৃষ্ণগী অচুম্বা ওইবী পাম্বোমনা নখোইবু ঙাকপীসনু ॥ ইতি ॥৩॥

মতৌ অসুম্না মুমিং মমনি শ্রীগোপালবু উজরে। মুমিং মমিনি শ্রীগোপালনা মাগী মন্দিরদা চংখ্রে ॥৩৩॥ অগোই শাদুনা ইশৈ শকুনা শ্রীগোপালগা লোইননা চকুনা লাক্লে। নুডাইনা নিনখোংদুনা মীয়াম পুম্নমক্না "হরি হরি" শোম্লক্লে ॥ ৩৪ ॥ গোপালনা মন্দিরদা চংখরে প্রভুনা চিংখোংদা লৈহৌবে। শ্রীগোপালনা প্রভুগী নিংবা পুম্নমকপু লোইনা থুংহল্লে ॥৩৫॥ মতৌ অসুম্না শ্রীগোপালগী খৌজানগী পুকচেল্লা। অচুম্বা ভক্তশিংনা য়েংগ-দবদা অপাম্বা ওইবা ॥৩৬॥ শ্রীগোবর্দ্ধনদা কানিংদবা য়েংগদবদা পামসিজবা মনাইদা। করিগুম্বা পাও-খোংনা শ্রীগোপালদেব ইবুংঙোনা চিংথাদা কুমথ-রককুনা ॥৩৭॥ করিগুমদা কুঞ্জদা লৈরৈ, করিগুমদা গুফাদা লৈরৈ। অচুম্বা মনাইগী মফমদা লাককুনা মঙোন্দা উহল্লি ॥ ৩৮ ॥ শ্রীগোবর্দ্ধনদা কানিংদবা শ্রীরূপ সনাতন অনিদসু খৌজান-বিদুনা। মতৌ অসুম্না মখোই পুম্নমক্না দর্শনবু শিনখিল্লে ॥৩৯॥ অহন ওইরবদা শ্রীরূপ গোসা-ঞিনা শ্রীগোবর্দ্ধনদা কানিংখিদে। শ্রীগোপালগী লিংখিজবদি উগদবদা পামলম্মী ॥৪০॥ শ্রীগো-পালনা পাওনবু কিবদগী মথুরাদা লাককুনা। বিঠলেশ্বরগী য়ুমদা থা অমা লৈরম্মী ॥ ৪১ ॥ মতমচুদা শ্রীরূপ গোসাঞিনা মাগী লোইনবা পুম্নমক পুদুনা। মথুরাদা লৈরগা থা অমা গোপাল দর্শন তৌখি ॥৪২॥

শ্রীগোপালভট্ট, শ্রীরঘুনাথদাস কৌবা লোইনবা। রঘুনাথভট্ট গোসাঞি অমদি শ্রীলোকনাথ গোসাঞি, অমদি শ্রীজীব গোসাঞি। শ্রীযাদব-আচার্য্য, অমদি গোবিন্দ গোসাঞি ॥৪৪॥ শ্রীউদ্ধবদাস অমদি মাধব মখোই অনিসু শ্রীগোপালদাস অমদি নারায়ণদাস ॥ ৪৫ ॥ গোবিন্দভক্ত কৌবা অমদি বাণী কৃষ্ণদাস। পুণ্ডরী কাক্ষ, ঈশান, অমদি লঘু হরিদাস ॥৪৬॥ মক্ত-ওইবা অসিগুম্বা অয়াম্বা ভক্তশিং পুদুনা মাগা লোই-ননা শ্রীগোপালবু য়েংলগা য়াম্না হরাওরি ॥৪৭॥ থা অমা লৈরগা শ্রীগোপালনা মাগী মফমদা চংখ্রে। শ্রীরূপ গোসাঞিনা শ্রীবৃন্দাবনদা লাক্লে ॥৪৮॥ শ্রীগোপালগী খৌজানগী রারিবু মথংশিংনা হায়বনি। মতুং অদুদা মহাপ্রভুনা শ্রীকাইম্যবনদা চংলক্লে ॥ ॥৪৯। প্রভুগী চংপগী মচত্তি মতুবু হান্না ইজখ্রে ॥ ইখ্রিবা মতৌ অসুম্না শ্রীবৃন্দাবনদা য়েংলিবা মথৈ ওইরিবনি ॥৫০॥ মতুদা লীলাস্থলী য়েংলগা শ্রীনন্দীশ্বরদা লাকলে। নন্দীশ্বরবু উবদা প্রেমনা অতকপা ওইখ্রে ॥৫১॥ পাবণচিংবা অয়াম্বা কুণ্ডদা ইরুজররে। নন্দীশ্বরচীংগী মথক্তা চংলগা মীশিংদা প্রভুনা হংডি ॥৫২॥

খঙ্গিক্কং ওইবা লাইগী মশকপু চীংগী মথক্তা লৈবরা। মীয়ামনা হায় লৈখুন্ডুংগী মচুংদা মশক অমা লৈ ॥৫৩॥ মাইকৈ অনিদা নোই-চাওরবা মমা মপানা লৈবা। ময়াইদা অঙাং অমা লৈ অখোইবা অচুম্না কৈ ॥৫৪॥ মাবদা মহাপ্রভুগী পুরিন্দা মুডাইবা কংলে। লৈখুনডুংদো হায়দোক-পদা অচুম্বা মশক অচুমু উল্লে ॥৫৫॥ শ্রীনন্দ-নিংথৌ-শ্রীযশোদা অনিগী চরণদা প্রভুনা পুরুপি। প্রেমদা চংদুনা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং পুম্বদা খোজই ॥৫৬॥ প্রেমদা চংদুনা অগোইনা ইশৈনা মুমিং চুরী। মতুদগী মহাপ্রভুনা খদিরবনদা লাকলে ॥৫৭॥ লীলাস্থলবু অদুদা য়েংলগা, শেষ শায়ীদা লাকই। শ্রীলক্ষ্মী উবদা, শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্য গোসাঞিনা মিরকৃষ্ণ ॥৫৮॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে ১০ স্কং ৩১ অং ১৯ শ্লোক।

যত্তে সুজাতচরণাম্বুরুহং স্তনেষু ভীতাঃ শনৈঃ প্রিয় দধীমহি কর্কশেষু।
তেনাটবীমটসি তদ্ব্যথতে ন কিং স্বিৎ কূর্পাদিভির্ভ্রমতি ধীর্ভবদায়ুষাং নঃ ॥৭॥

(৭ শ্লোকটিঃ আঃ ।৪।২৬। শুব। লোক্তা য়েংউ)

অহুগী মতুংদা থেলাতীর্থ য়েংলগা ভাণ্ডীরবন্দা লাক্লুনা। যমুনা লান্দুনা ভদ্রবন্দা চংথরে ॥৫৯॥ শ্রীবন য়েংলগা অমুক হন্না লোহবন্দা চংথরে। মহাবন্দা চংলুনা শ্রীকৃষ্ণগী পোকফম য়েংলগা ॥৬০॥ যমলার্জ্জুনবু ফুক্তোকথিবা মফমদো য়েংলরে। প্রেমদা চংহুনা প্রভুগী পুক্নিংনা তনিক্ তনোইরে ॥৬১॥ গোকুল য়েংলমলগা মথুরা নগরদা লাক্লে। শ্রীবাসুদেব কৃষ্ণগী পোকফম য়েংলগা ব্রাহ্মণদুগী ময়ুমদা লৈররে ॥৬২॥ মীয়ামগী চিনবদো উবদা মথুরা থাদোক্লুনা। লাক্লগা অক্রূর তীর্থদা লোং-দনা লৈররে ॥৬৩॥ মতুংগী মুমিত্তা লাক্লুনা প্রভুনা শ্রীবৃন্দবনবু দর্শন তৌরে। কালিহ্রদদা ইরুজৈ অমদি প্রষ্কগুন্দা লাক্লুনা ॥৬৪॥ দ্বাদশ-আদিত্যদগী কেশী তীর্থদা লাক্লুনা। রাস-শান্নফমবু উবদা প্রেম্না রাম্থরে ॥৬৫॥ জ্ঞান তারক্লবদা অমুক হন্না থরো থরো ওল্লি। স্বর রাংনা শকই-নোকই-কপ্পী-লৈবাক্তা ওল্লি।৬৬॥ মুংডাইবসিনা মুমিং অহু মহুদা লেল্লে। সন্ধ্যাগী মতমদা অক্রূর ঘাটতা লাক্লুনা চাহুনা লেল্লে ॥৬৭॥ নোংডানবদা মধ্য বৃন্দাবনদা চীরঘাটতা স্নান তৌরে। তোংতকপা মঙ্গেগী মথোংদা লাক্লুনা প্রভুনা পোংথাররে ॥৬৮। শ্রীকৃষ্ণগী লীলাগী মতমদগী পুম্নিরবা মঙ্গে পাম্বিনি। মাগী মথোংদা তোংতক্পা লৈবুংদো য়ান্না তরং-তরংতি ॥৬৯॥ মনাক্তা যমুনা চেনবগী মুংশিংনা হুটিক্ হুল্লি। শ্রীবৃন্দাবনগী ফজবা শ্রীযমুনাগী অরুবা ঊশিংবু য়েংতি।৭০॥ মঙ্গেগী মথোংদা কমল্লুনা প্রভুনা নামু শোন্দুনা লৈরে। মুমিং মুংবদা লাক্লুনা অক্রূর ঘাটতা চাকপু চাররে ॥৭১॥ অক্রূর ঘাটতা মীয়ামনা লাক্লুনা প্রভুবু য়েংজরে। মীয়ামনা চিনবনা নাম শোনবদা মীংতম্না ওমরে ॥৭২॥ শ্রীমধ্য বৃন্দাবনদা লাক্লুনা লাংদনা কমল্লুনা প্রভুনা। মুমিং মুংবা ফাওবা নাম শোন্দুনা প্রভুনা লৈরে।৭৩॥ মুথক অহুম য়াবকপদা মীয়ামনা দর্শনবু ফংলরে। ব্রজদা লেবশিংদা শ্রীকৃষ্ণগী নাম শোনববু প্রভুনা তাকই ॥৭৪॥ মতম অহুদা কৃষ্ণদাস কৌবা বৈষ্ণব অমা লাক্লে। রাজপুত জাতিনি মুমলিংবনি থুম্না যমুনা রাংমদগীনি ॥৭৫॥ কেশী ঘাটত ইরুজরগা মানাকালি-দহদা লাক-পদা। থংহৌদনা মঙ্গেগী মথোংদা শ্রীচৈতন্য গো-সাঞিবু উরে ॥৭৬॥ প্রভুগী শকপু প্রেমবু মান্না উবদা অংকপ ওইরে। প্রেমদা চংহুনা, প্রভুবু কৃষ্ণদাসনা থুরুমলরে ॥৭৭॥ প্রভুনা হায় নং কনানো, নংগী নয়ুমদি কদাইদনো? ইমিংনা কৃষ্ণদাসনি হায ঐদি যুম পাল্লিবা পাপ চেনবনি ॥৭৮॥ রাজপুত জাতিনি ঐগী ইযুম্না যমুনা রাংমদনি। ঐগী পামজবদি বৈষ্ণবকী মনাই ওইজগে হায়বনি ॥৭৯॥ তৌইগুমমসুং ওসিংঐনা মংদা অমা উরম্মি। অহুগুম্বা মংদো, মপুম্তিংনা নংবু লাক্লুনা ঐনা ফংজররে ॥৮০॥ প্রভুনা মাবু থৌজানবিহুনা কোনবিরে। অহুগুম্বা প্রেম্না ময়াই কাহুনা জগোই শাই "হরি" শোল্লি ॥৮১॥ প্রভুগা লোইননা অক্রূর তীর্থদা লাকলে। প্রভুগী অরেম্বা পাত্রদা প্রসাদিবু ফংজরে ॥৮২॥ নোং-ডানবদা জলপাত্র পুহুনা প্রভুগা লোইননা লাক্লে। ময়ুম-মতু-মচা থাদোক্লুনা প্রভুগা লোইননা লৈরে

তথাহি—ভাবার্থদীপে শ্রুতং সর্বজ্ঞসূক্তম্,

হ্লাদিন্যা সংবিদাশ্লিষ্টঃ সচ্চিদানন্দ ঈশ্বরঃ। স্বাবিদ্যাসংবৃতো জীবঃ সংক্লেশনিকরাকরঃ ॥৮॥

অন্বয়ঃ—সচ্চিদানন্দঃ—অরেপ্পা-অথংবা-নুঙাইবা অমম্লা ওইবা, ঈশ্বরঃ—শ্রীকৃষ্ণনি, হ্লাদিন্য—হ্লাদিনীনা, সম্বিদা—সম্বিৎনা, আশ্লিষ্টঃ—ভিজুনা থৌগাল্লিবনি, জীবঃ—জীবনি, স্বাবিদ্যাসংবৃতঃ—মায়ী মায়ানা কুপশিনবনি ॥৮॥ ইতি।

॥৮৩॥ শ্রীবৃন্দাবনদা অমুক হয়া শ্রীকৃষ্ণনা কোং-ভোকলে। মকম মকম খুদিংদা মী পুন্নমক্না হায়নরক্লে ॥৮৪॥ নোংমগী মুমিত্তা নোংঙানবদা মথুরাগী মীশিংনা। শ্রীবৃন্দাবনদগী লাকপদা মিন-থোংলকই ॥৮৫॥ প্রভুবু উবদা মীশিংনা চরন্দা থুরুম্নি। প্রভুনা হায়—কদাইদগী লাকপা ওই-রবনো।॥৮৬॥ মীশিংনা হায়—কলিদহগী ঈশিংদা শ্রীকৃষ্ণনা কোংদোক্লে। শ্রীকৃষ্ণনা কালিগী মকোক্তা জগোই শাই মতোকী য়াইনম্ ঙাল্লি ॥ ৮৭ ॥ সংসংনা উরবনি মী পুন্নমক্না চিংনবিগনু। তাবদা প্রভুনা নোত্তুনা হায় পুন্নমক্তো অচুম্বনি ॥৮৮॥ মতৌ অমুক্না মীশিংগী কালিদহদা চংলিবসি অহিং অতুম তুরে। পুন্নমক্না লাকত্তুনা হায়রৈ "শ্রীকৃষ্ণ উবা ফংলে" ॥৮৯॥ প্রভুগী মাংদা মীশিংনা হায় "শ্রীকৃষ্ণ উজরে"। শ্রীসরস্বতীনা অচুম্বা য়াহৈ অসি মীশিংদা হায়হনবনি ॥৯০॥ শ্রীমহাপ্রভু উবদা অচুম্বনি শ্রীকৃষ্ণবু উরবনি। মখোইগী য়াখন্দা অচুম্ববু থাদোকত্তুনা চুমদবদা অচুম্বনি ওকলি ॥৯১॥ মতম অমুদা ভট্টাচার্যনা প্রভুগী চরন্দা হায়রকই। য়াখং পিবিষ্ট চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন তৌজকগে ॥৯২। মতম অমুদা প্রভুনা খুবাক্না মৈয়াম্না মতোন্দা হায়। অপংবগী য়াহৈবা, অথংবা ওইরগা, অপংবা ওইরগেরা ॥ ৯৩ ॥ কলিগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা কলিনীমমক্তা উৎসবিগদা। মক্তৌদিং [illegible] অপংবা মীশিংনা মিলখোংবনি ॥৯৪॥ [illegible] ওইখঙা মুমদা কমইনা মৈমু। য়ামোনী অহিংদা চৎতুনা শ্রীকৃষ্ণবু উরগো ॥৯৫॥ নোং-ঙানবা মতমদা খংলবা মীশিংনা প্রভুগী মফমদা লাক্লে। প্রভুনা মখোয়দা হংভি, "শ্রীকৃষ্ণবু উরগা লাকপরা"? ॥৯৬॥ মীশিংনা হায়—অহিংদা মুমা হিদা তোংত্তুনা। মৈরা থাদুনা কালিদহদা ঙাবু ফাংপনি ॥৯৭॥ মাবু অরাপ্পদগী উবদা মীশিংগী অভকপা ওইত্তুনা। কালিগী মশাদা শ্রীকৃষ্ণনা জগোই শাবনি ॥৯৮। হিবুনা কালিনি খানবা, মৈরাবুনা য়াইনি খন্বা। ভুমু অপংবা মীশিংনা "শ্রীকৃষ্ণনি" নিংউবনি ॥ ৯৯ ॥ শ্রীবৃন্দাবনদা শ্রীকৃষ্ণনা লাকপা অসিদি অচুম্বনি। মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু উবসিদি মসিদা মানম্বা নত্তে ॥১০০॥ তৌইগুম্বশুং কদাইদগী শ্রীকৃষ্ণবু উরবদা, কদায়দা ওক্না নিংলিবা। উচুংবু নিপানি ওয় তৈননা খনবা অহৃগুবনি। ১০১॥ প্রভুনা হায়—কদায়দা শ্রীকৃষ্ণবু দর্শন ফংলবা। মীশিংনা হায় সন্ন্যাসী নংনা অচংপা শ্রীকৃষ্ণনি ॥১০২॥ শ্রীকৃষ্ণনা পোকপা নংনা শ্রীবৃন্দা-বন্দা উৎসবে। নংবু উবদা মী পুন্নমক্না লাননা ওইরি ॥১০৩॥ প্রভুনা হায় "কৃষ্ণ কৃষ্ণ" মহুমক্তি হায়মুনা। অতোনবা জীববু শ্রীকৃষ্ণনি খনমা করিগুমদা তৌগদ্রু ॥১০৪॥ সন্ন্যাসনি, মতাম্নি, জীবনি মতানগী মরিক্ংনা মায়বনি। গুমখোক্তনা ওকনা খনবা শ্রীকৃষ্ণনি মুমিংকুবনি ॥১০৫॥ অমদি জীবনা ঈশ্বরগী অরেপ্পা মখল্লা করিগুম্বা মায়দে। চাকলিবা মৈরিবা চোথোকললকপা মৈরিবা খোত্ত-ওবনি ॥১০৬॥

তথাহি – হরিভক্তিবিলাসস্য প্রথমবিলাসে ৭২ সং ধৃতং বৈষ্ণবতন্ত্রম্।

যস্তু নারায়ণং দেবং ব্রহ্মরুদ্রাদিদৈবতৈঃ। সমত্বেনৈব বীক্ষেত স পাষণ্ডী ভবেদ্ধ্রুবম্।

অন্বয়:—যঃতু—মীতুনা, ব্রহ্ম রুদ্রাদি দৈবতৈঃ—ব্রহ্মা-মহাদেবনচিংবা লাইগা, নারায়ণদেবং—শাম্নহৈরবা শ্রীকৃষ্ণগা, সম-ত্বেনএব—লেপ্পা মাৎম্ন হায়না, বীক্ষতে—উবিবা, সঃ—মীদো, ধ্রুবং—লেপ্পা, পাষণ্ডী ভবেং—পাষণ্ডী ওইগনি ॥৯॥ ইতি।

অনুবাদ:—শ্রীজীবনা হায়বা:— অবেপ্পা, অথংবা, মুণাইবা অহুম্না ওইবা শ্রীকৃষ্ণনা, হ্লাদিনী কৌবি শক্তিনা, সম্বিত কৌবি শক্তিনা ভিন্দুনা থৌগল্লিবনি। অরাবগী মপৈনা তিনবা জীবনি মাগী ময়ানা কুপাশিনবনি ॥৮॥ ইতি।

শ্রীকৃষ্ণগা জীবগা মাৎম্ন হাযবসি অপংবা মীতনা হায়বনি। অদুগুম্বা মীদো পাষণ্ডীনি মাবু যম্না চৈরাকপিগনি ॥১০৭॥

অনুবাদ:— মীতুনা ব্রহ্মা-মহাদেবনচিংবা লাইগা শাম্নহৈরবা শ্রীকৃষ্ণগা লেপ্পা মাৎম্ন হায়না উবিবা, মীদো লেপ্পা পাষণ্ডী ওইগনি, মচৎ লৈতবা ওইগনি ॥৯॥ ইতি।

মীশিংতুনা হায়—নংদি করিগুম্বদা জীবগী য়াথল নত্তে। নংগী নওং-নত্তোনা শ্রীকৃষ্ণগা মান্নবনি ॥১০৮॥ শাওং শাদাদা নংবু নন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি উম্নি। হক্চাংগী কুচুনা স্নাফিগেবু কুপসিল্লি ॥১০৯॥ কস্তুরিবু ফিনা পুনশিল্লগা, করিগুম্বদা লোৎপা য়াদে। মহৌসানা শ্রীকৃষ্ণ ওইবা নংগী নশকপু লোৎপা য়ারোই ॥ ১১০ ॥ মীদা ওইদবা নংগী মহৌসা ওইবদো য়াথম্না ফংডমদবনি। নংবু উবদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা তাইবংপানবগা ডাওনবী ॥১১১॥ মুগী অঙাং অহল অমদি চণ্ডাল পাওনশিং। মহৌসিনা নংবু অমুক্তদা উবা ফংবদা ॥১১২॥ শ্রীকৃষ্ণগী নাযু লৌবি ময়াই কারতুনা অগোই শাই। অমা অমুম্না তাইবং পানববু লানবিম্নিবসি শারকপনি ॥১১৩॥ নংবু উবগী থবক্তো লৈখিসম্বু মীতুনা নংগী নম্নিংবু তাবদা। নংনা মহাক্তো শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা ময়াই কাহন্দুনা মরোন্ অহুবু লানবিম্নি ॥১১৪॥ নংগী নাযু তাবদা ভট্টাচার্যশিংবু শেংবা ওই। নংগী মীদা ওহদবা ভমথোকপসি হায়বদা ভমলোই ॥১১৫॥

১০ম্লোক্তী অং।১৬।৩। গুবা শ্লোক্তা য়েংউ।

নংগী অতুগুম্বা নতিক্রা তটস্থ-লক্ষণনা (তৌরকপা থবক্তা) মরম ওইতুনা। স্বরূপ লক্ষণনা (নওং নশক্তা) নংবু শ্রীনন্দগী মচা শ্রীকৃষ্ণনি তাকই ॥১১৬॥ অম্নমা চংজবা মী পুম্নমকপু প্রভুনা থৌজানবিরে। ব্রজদা লৈবশিংবু লানবিতুনা প্রেমা-নাম্না ময়াই কাহন্দুনা ময়ুমদা চংহন্থি ॥১১৭॥ মতৌ অদু-গুম্বা অক্রূর তীর্থদা মুমিং কয়ানিমক্তম লৈতুনা। শ্রীকৃষ্ণগী নাম প্রেম পিতুনা মী পুম্নমকপু লানবিম্নি ॥১১৮॥ শ্রীমাধবেন্দ্রগী পুরী শিষ্য অদুগুম্বা ব্রাহ্মণ। মথুরাদা মুম য়ুমদা প্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌংল্লি ॥১১৯॥ অরাম্বা মথুরাগী অবেপ্পা মীওইবা ব্রাহ্মণশিংনা। লাক্তুনা ভট্টাচার্য্যগী মকমদা প্রভুগী নিমন্ত্রনবু তৌই ॥১২০॥ নোংমদা নিমন্ত্রণ তরা-কুল লাক্তুনা তৌরম্নি। ভট্টাচার্য্যনা অমত্তমক লৌববু তৌই ॥১২১॥ মীয়াম্না নিমন্ত্রণ পিগদবদা অহাংবু ফংনদ্রে। ব্রাহ্মণ অদুগা লোইনতুনা মীয়াম্না বার্ত্তণ তৌরম্নি ॥১২২॥ কান্যকুব্জজাতি ব্রাহ্মণ মতুম্না মফিমদনি "কৃষ্ণদাস" কৌই যেনবু দৈবনিং লাক্তুনা লোম্নুনা মহাপ্রভুবু নিমন্ত্রণ তৌরম্নে

অনিন্না নংগী থৌগন্ চংচগে। নংগী চরণগী থৌগনবু অমুক হন্না কদাইদগ ফংহগবা ॥২০৬॥ কদাইদগী পাওনগী লৈবাক্তা, কনানা অকাইববু থৌবক্কনি ভট্টাচার্য্য পণ্ডিতনা হায়গদবদা পাওনগী মরোন খংদে ॥২০৭॥ তাবদা মহাপ্রভুনা খজিক্কংব নোকখোকললক্ত। অতুগুম্বা মখোয় অনিনা ওভগা শোয়ননা চংতুন লাকলে ॥২০৮॥ অদুগ অংগ্বা মীশিংনা প্রভুগী চরণবু উব শংনদা। মীশিংনা শ্রীকৃষ্ণ সঙ্কীর্ত্তণবু লৌজে প্রেমদা মযাই কাই ॥২০৯॥ মাগা তিরুবদগী অতোপ্পনা মথং অমুক মাগ তিরুবদগী অতোপ্পনা। মতৌ অমুন অনাগ দেশ খুন পুম্নাকপু বৈষ্ণব ওইহল্লি ॥২১০॥ দক্ষিণদা চংপদা অ গুম্বা তৌবশুবু ফোংতাকই। শৌব সজহন্বনা নোংচুপগুম্ব দেশ খুন খুদিংদা প্রেম লোওহল্লি ॥২১১॥ মতৌ অসুম্না চংতুনা প্রভুন নিবীদ লাকলে। ব্রাহ্মণগা-কৃষ্ণদাসগা হলহনখ্র। শ্রিপাদ নুসিং তবানিদা হাকচিং পূর্ণিমাদা স্নান তৌরবে ॥২১২॥ শ্রীবৃন্দাবন লেংবা প্রভুগী মচাক্তি লোম্বা নাইদে। অনন্তগী মচিন লিশিংনা মাগী অরোম্বা কংবা ঙমদে ॥২১৩॥ অপিকপা জীব ওইরগা মতুবু কনানা হায়বা ঙমগবা। স্বপ্না তৌতুনা লীলাগী মাইকৈব ঊংচবনি ॥২১৪॥ মীনা ওইদবা লীলানি। মীদা ওইদবা প্রভুগী লমচংনি। তারবমক্কদা লাইবক থিবনদি পাজবোইদবনি ॥২১৫॥ হৌবা লোয়বা শ্রীচৈতন্যগী লীলাদি মীদা ওইদবনি খণ্ড। থাক্কনা তাববদা মসিবু অচপনি হায়না যাবক-কনি ॥২১৬॥ মসিবু য়েংলবা, শত্তুগুম্বা মীশ অথোইবা অপাংবনি। মতামক্কগী মাকাকতা মতোমতনা থাংনা ককচবনি ॥২১৭॥ শ্রীচৈতন্যগী লমচং অসিদি অমৃতগী সমুদ্রনি। মাগী মরিক অমতনা সুও হৈবদা তাইবং পানবু তাওহল্লি ॥২১৮॥ শ্রীরূপ রঘুনাথগী চরণদা ঐনা খুরুমজতুনা। শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতবু কৃষ্ণদাসনা হায়রে ॥২১৯॥

ইতি—শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা মধ্যখণ্ডদা শ্রীবৃন্দাবন দর্শনবু শাম্নবা হায়বা তরানিপানশুবা পরিচ্ছেদনি।